# কংখোকচবা

শ্রীগুরুদেব!

নৌনা শেৎনখিবনা মরম ওইহনা তৌজনীংবা সেবা অমত্তুস্তূ খূদোল ওইনা কচ্চবা ঙমখিদ্রবা অহুগুম্বা নচানা অচম্বা ইরোলদা ইথোকচদূনা তাইবঙ মপু শ্রীগোবিন্দগী চরণদা কচ্চরিবা 'মনু-সংহিতা' অসিনা শরূক মচেৎ অমত্তুংত ওইরবস্তূ ইরৈবাক-ইজাতিগী সেবা তৌজবগী ফংজফম থোকপা পুণ্য-মরীক অমত্তুং লৈরম্বা থোক্লবদি মহু পূম্নমক করিগুম্বা থোদাং-মচা অমত্তুং পাঙথোকৃলুবদা মপা মমাদা লেন্নজনীংবনা লাঙতক্লহুনা হুমাং-তাবমখৈ চেনশিল্লকপা অহুগুম্বা অঙাংমচাগী পুকচেলনা মাঙওইনহুনা শ্রীগুরুদেবনা পেন-বিনবগীদমক পাঙজদ্রবা নচানা মিৎতা ঈরা-লোয়ননা কচ্চহুনা মপোক থূদীংদা নচা ওইনা কোনবীনবা থুকমজে। ইতি—

থুয়া থাগী

তাং ৬।৫।৬৮ ইং

সুরচান্দ শর্ম্মা

# ৱাহৈ খরা

"মন্থ সংহিতা"—মীওইবা পুন্নমক্কী মপা মপু ওইবা ভগবান মন্থগী চীন্দগী থোকপনি। বেদগা নক্নবা মবী লৈনবা, বেদগা হেক থংনবা ধর্ম্ম শাস্ত্রদি মন্থস্মৃতিনি॥ মসিদা থোইদোক্না হিন্দু-শিংতগী ওইনা উংলবস্থ মসি মীওইবা পুন্নমক্কী লোনচৎ-শাজৎ ইবা মপুং ফারবা লাইরিকনি। মন্থসংহিতা গুম্বা অসিগুম্বা মখলগী লাইরিক অমা ভারতবর্ষদা লৈতে।

ভাবতবর্ষগী দর্শন শাস্ত্র অমদি ধর্ম্ম শাস্ত্র অয়াম্বনা চপ মান্ননা য়ানৈ, মন্থদি ভগবান মন্থনা মীওইবা জাতিগী সভ্যতাগী অহানবা হৌদোকপিবম্বনি।

অস্থক কুইরবা মতম ফাওবদা অসিগুম্বা মমল য়াম্নবা লাইরিক অসিবু নৈননিঙ্বা ইবৈবাক ইজাতিগী মীনা খঙ্বা য়াবা ফিবমদা লৈবমদবদগী হৌনবী ধর্ম্ম কর্ম্মনচিংবা—তৌফম থোকপা থোক্তবন-চিংবা হৌন-লোনচৎ কযাগী মরমদা অরেপ্পা লমজিং অমা ইরাৎ-রাৎপগুম লৈরম্মী। মন্থ ঐখোয়গী লাইবক থীবনি।

হুজীক হংজিন-থিজিন্নবগী লোইবা নাইত্রবা মতমনি। অসি-গুম্বা মতমদা হংলিমথৈ খুম্বাগদবা মীওইস্থ তাঙ্শিল্লকলে—মন্থগী মতম অন্থস্থ হুজীক্কদি চানদবা ওইরকলে। গুরুনা সেবকতা অরাবা খঙ্দনা, অমাঙ্বা থিদনা তাকপিনিঙ্ছনতা লৈবা, সেবকনস্থ গুরুগী সেবা তৌবদা অরাবা খঙ্দবা অন্থগুম্বা ফজখ্রবা মতম অন্থদি করি-গুম্বদা মঙ্-হাদা উখিবগুম্নতা থোক্লরে। মরম অন্থনা ইশা ইশানদি থিজিঞ্জদবা য়াদবনা অসিগুম্বা লাইরিক অমা ইমারোম্দা লৈতবা য়াদে।

* হৈথোই-শিংথোইবনা মরম ওইন্থনা লাইরিক অসি পায়-খৎচরুবা নত্তে। অরাৎপা অসিদং করিগুম্বা উপায় অমনা মেনশিনবা

ঙম্নবদিকো হায়তুনা সুংঙাইতবা রাখলগা লোয়ননা খঙ্জ-খঙ্জদনা থুং থাবা হৌজখিবনি।

অর্থ হন্দোকপগী মতাংদা পণ্ডিত অথোইবা শ্রীযুক্তশ্যামকান্ত-বিদ্যাভূষণগী বাঙ্গলা অনুবাদনা মপুং ওইনা মতেং ওইনখি। ইকাইখুম্নফম ওইরবা পণ্ডিত অসিনা ঐগী অপঙ্থৌনাবু-ঙাকপি-সম্থ। পুন্সী চুপ্পদা পণ্ডিত অসিগী শিংঙমদ্রবা লম্মন তোনশিল্লরবনি।

মরু ওইনা, ঙসি ইজাতিগী মাঙ্দা 'মনুসংহিতা' গী মমি অমত্তং য়াংপা ওইনা—চাউরাকপা মশক অমা পুথোকচবা ঙমহন-বীখিবদি লৈবাক অসিগী ব্যবস্থাকারী শ্রীপরীক্ষিৎ শর্ম্মাগী অথোইবা মতেংতননি। অহল ওইরবা পণ্ডিত অসিনা য়াম্না হৈনিঙ্না উৎসাহ পীবিবগা লোয়ননা অরাবা খঙ্বিদনা হংজরুবা খুদিঙ্দা পায়রম্বা থবক কয়া থাদোক্নুনা খুদক খুদক্তা হেক্তমক তাকপীতুনা অমম্বা কয়া কোকহনবীখি। অসিমক্তদা য়াওরম্বা অরাল-অতুইদি পাঙ্জদ্রবা ঐতগী ইরালনা ওইগনি। অথোইবা পণ্ডিত অসিগী লম্মনসু ঐনা মপোক অসিমগী অতুম্মক শিংঙমদনা তোনশিল্লবনি।

পূকচেল চাউরবা মণিপুরগী ব্রহ্মসভানা লৈবাক্কী য়াইফনবা তৌবীনিঙ্বা পূকচেলনা মাঙ্ওইনতুনা উৎসাহ পীবিবগা লোয়ননা লাইরিক অসি ফোঙ্বগী চাউরবা কোকথোং লৌবিবগীদমকসু হম্না হন্না খুরুমজতুনা ম॰গীদমকসু তৌবীমল উৎচরি।

ইয়াম্বা শরুবা শ্রীরাসবিহারী সিংহ প্রেস মেনেজরনা প্রুফ লৌবদগী হৌদ্না লাইরিক্কী মশক থোক্নবা হোৎনবিবদা অরাবা কয়া খাঙ্বিখিবগীদমকসু থোইদোক্না তৌবীমল উচ্চরি।

লাইরিক অসি ইবদা চাউরাকপা মওঙ্ অমত্তং ফোঙ্দোক-পনা উদ্দেশ্য ওইখিবনা অরু-অরুবা প্রমাণ লোয়নবা মশক্তি উৎচবা ঙমখিদ্রে। বিশেষ ওইনা অহানবা অধ্যায়গী হৌগৎলকপা সৃষ্টি

তাকপা মতাং অসিদি অরুবা বেদান্তগী রাফম ঙাক্তা ওইখিবনা, মতাং অসিবু ঐখোয়না লাযনা খঙ্হনজনবা শন্দোকপদা ওই-থোক্তবা অমগুম থোক্তনা ঙমজখিদ্রে। অশেংবা মবম থিবী-নিঙ্বশিংনা মতিক চাবা পণ্ডিতশিংদা আশ্রয় তৌবীনবা নিঙ্-শিংজৈ। ইতি—

চঙ জরিবা—

**স্মরচান্দ শর্ম্মা**

## তৌবীমল উচ্চবা

আর্থিক সহায় পীবিত্না লাইরিক অসিবু ফোঙ্‌জবা ঙম্নবগী-দমক মণিপুর সরকারবু লোইবা নাইদনা থাগচৈ। ইতি—

তাং ২৭। ১২। ৬৭ ইং

প্রকাশক

# হিরম অমসুং শ্লোক

## অহানবা অধ্যায়

( সৃষ্টিগী মরম )

---

# অনিশুবা অধ্যায়

## ( ধর্ম্মগী থবক-থনা তাকপা )

# অহুমশুবা অধ্যায়

## ধর্ম্ম সংস্কার প্রকরণ

বিষয় শ্লোক

---

## মরিশুবা অধ্যায়

### ( ব্রহ্মচর্য্য অমাদ গার্হস্থ্য আশ্রমদা লৈবা মীনা তৌগদবা ধর্ম্মগী মশকশিং )

---

## মঙাশুবা অধ্যায়

**( চাহৈবা চাহৈদবা, য়ুম্মাং-য়ুমশেং, পোৎ শেংদোকপা অমসুং নুপীগী ধর্ম্ম )**

| বিষয় | পৃষ্ঠা |
| --- | --- |

---

# তরুকশুবা অধ্যায়

## আশ্রম ধর্ম্মগী মরম



---

## তরেৎশুবা অধ্যায়

### ( রাজধর্ম্ম অমসুং লৈবাক ওাকপগী মরম )

# নিপানশুবা অধ্যায়

## রাষ্ট্রনীতি ( লৈবাক রায়েন )

| বিষয় | শ্লোক |
|---|---|
| যাগ যজ্ঞ তৌবা পুরোহিতনচিংবা ব্রাহ্মণশিংনা কনানা করি ফংবা হৌনবা | ২০৬—২১১ |
| ধর্ম্মগী মিংদা শেল-থুম হূবগী রায়েন | ২১২—২১৩ |
| মীনাই-মীশলগী ফংফম থোকপা থোক্তবা লেপ্পা | ২১৪—২১৭ |
| রাশক থুগায়বা | ২১৮—২২১ |
| লৈবা য়োনবগী মরমদা থৎনবা | ২২২—২২৩ |
| তাৎ তৌহনা নূপী থাজবা | — ২২৪ |
| লৈশাবী মচাগী মাঙনবা হায়জিনবা | — ২২৫ |
| লুহোঙবগী মন্ত্র অমদি মৌগী শীংদ চনবা | ২২৬—২২৮ |
| শা-শল শেনবা মীগা মপুগা থৎনবা | ২২৯—২৪৪ |
| লমথৈগী রাথোক | ২৪৫—২৬৫ |
| মীবু থীনা চৈবগী ( বাক্‌পারুষ্য ) রাথোক | ২৬৬—২৭৭ |
| মীবু খুৎলাইনা য়ৈবা ফূবগী রাথোক | ২৭৮—২৮৪ |
| মখল মথা অয়াম্বা রাথোক লাম্থোক | ২৮৫—৩০০ |
| হূরানবগী চৈরাক | ৩০১—৩০৩ |
| নিংথৌনা ফংফম থোকপা | ৩০৪—৩০৫ |
| প্রজা য়োকপগী মিংচৎ | — ৩০৬ |
| প্রজাবু কোনশিন্দবগী ফত্তবা | ৩০৭—৩০৯ |
| হূরানবনচিংবগী দণ্ডি | — ৩১০ |
| নিংথৌগী মিংচৎ | ৩১১—৩১৩ |
| সনা হূরানবগী দণ্ডি | ৩২৪—৩৪৯ |
| আততায় ওইবা মীওই হাৎপদা | ৩৫০—৩৫১ |
| নূপী হূরানবগী রাথোক | ৩৫২—৩৮৭ |
| পুরোহিত অমসুং যজমান থাদোক্লবা | — ৩৮৮ |
| মপা মমা থাদোকপগী দণ্ডি | — ৩৮৯ |
| [illegible] আশ্রমশিংগী রাথোক্তা নিংথৌগী [illegible] | — [illegible] |

---

## মাপনগুবা অধ্যায়

নিপা, নূপীগী ধর্ম, ব্যায় বিভাগ (হক য়েন্নবা), ব্যায় শান্নবা, হূরান-চৌহী ওাক্লবা পাখৈ অমম্বুৎ বৈত্ত পুজনী মথৌ—

বিষয় শ্লোক

# তরাশুবা অধ্যায়

( সমাজনীতি. সঙ্করজাতি-পোক্লকপা. খুদোংথীরবা মতমদা বর্ণ মরিমক্কী মীওইশিংগী বৃত্তি পীবা )

---

# তরামাথোইশুবা অধ্যায়

## ( প্রায়শ্চিত্তকী মরম তাকপা )

## তরানিথোইশুবা অধ্যায়

### মোক্ষধর্ম্ম ( অরানবা খুবম ফংনবা লম্বী )
### মপোক অমদা তানশিল্লকপা অকবা কত্তবা

স্চীপত্র লোইরে।

---

# মনুসংহিতা

## প্রথমোঽধ্যায়ঃ

মনুমেকাগ্রমাসীনমভিগম্য মহর্ষয়ঃ।
প্রতিপূজ্য যথান্যায়মিদং বচনমব্রুবন্ ॥ ১
ভগবন্ সর্ব্ববর্ণানাং যথাবদনুপূর্ব্বশঃ।
অন্তরপ্রভবাণাঞ্চ ধর্ম্মান্ নো বক্তুমর্হসি ॥ ২
ত্বমেকোহ্যস্য সর্ব্বস্য বিধানস্য স্বয়ম্ভুবঃ।
অচিন্ত্যস্যা প্রমেয়স্য কার্য্যতত্ত্বার্থবিৎ প্রভো ॥ ৩

---

ভগবান্ মনুনা পূক্কিঙ্ লৈতানা সুংঙাইনা ফমতুনা লৈবিঙৈদা—মহর্ষিশিংনা মাগী মনাক্তা লাক্লগা হৌনবী মতুংইন্না খুরুম খাজঙ্বা অমদি পূজানচিংবা কৎলগা হংলকই ॥১॥

হে ভগবন্! ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ মরিমক্কী অমদি মথং তারকপা সঙ্কীর্ণজাতিশিংগী অবেপ্পা (মাগী মাগী) আশ্রমগী চৎপা হৌনবা ধর্ম্মগী মরম পূন্নমক মথং মনাউ কায়দনা ঐখোয়দা তাকপিবা নিজরি ॥ ২ ॥

মরমদি, হে প্রভু! কর্ম্মগী মরম ওইবা, খনবদা রাখলনা লাম্বা ফংদবা, মপাল নাইদ্রবা অঙ্গশিংগা লোয়নবা, অথূপ্প অরোনবনা তিল্লবা অমদি মীনা শেম্বা নত্তবা (মথন্তা থোকচরকপা) অচুম্বা বেদশাস্ত্রনা তাকপা যজ্ঞনচিংবা ধর্ম্ম অমদি ব্রহ্ম তত্ত্বগী মরম পুন্নমক অহ্নদি নহাক্তনা খঙ্বিরি ॥ ৩

স তৈঃ পৃষ্টস্তথা সম্যগমিতৌজা মহাত্মভিঃ।
প্রত্যুবাচার্চ্চ্য তান্ সর্ব্বান্ মহর্ষীন্ শ্রূয়তামিতি ॥ ৪
আসীদিদং তমোভূতমপ্রজ্ঞাতমলক্ষণম্।
অপ্রতর্ক্যমবি জ্ঞেয়ং প্রসুপ্তমিব সর্ব্বতঃ ॥ ৫
ততঃ স্বয়ম্ভূর্ভগবানব্যক্তো ব্যঞ্জয়ন্নিদম্।
মহাভূতাদিবৃত্তৌজাঃ প্রাদুরাসীত্তমোনুদঃ ॥ ৬
যোঽসাবতীন্দ্রিয় গ্রাহ্যঃ সুক্ষ্মোঽব্যক্তঃ সনাতনঃ।
সর্ব্বভূতময়োঽচিন্ত্যঃ স এব স্বয়মুদ্বভৌ ॥ ৭

অসুম তৌনা জ্ঞান লৈববা মহর্ষিশিং অদুনা হংলক্লবদা, হায়ফম খঙ্দনা মশাগী মঙাল চাউববা ভগবান্ মনুনা মখোযনা খুকুম্বা ওকপিদুনা হৌনবী মতুংইন্না য়াহং পাউহংবীবগা মখোয়বু লুনা তৌবীদুনা তাকপিবকই—হংবীবিবা হিরম অদু তাবীয়ু ॥ ৪ ॥

হৃষ্টীক মিৎনা উবিবা তাইবঙ্ মালংপান (জগৎ) পূম্বসি মতম অমদা শূন্না মমলম্মী, মতম অদুগী মওঙ্ অদুদি মিৎনা শংশঙ্ উবা য়াবা ওইদে, করিগুম্বা লক্ষণ অমত্তনা মশক লাবপা যাদে, ময়ম অদুনা মতম অদুদা মত্থ ইশি শিনা তূমখুন হুনবগা পাংথক ওইনা তর্ক অমদি জ্ঞানগী য়াংমদা লৈরম্মী ॥ ৫ ॥

মথংদা স্বয়ম্ভূ ( মথন্তা ওইজবকপা ), মশক ফোংদোক্তবা ভগবান ব্রহ্মানা মহাভূতনচিংবা ( লৈপাক, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ অমসুং আতিয়া ) তত্ত্ব ২৪ মক্তা মশাগী বীর্য্য হাপচিন্দুনা মথং মথং তাইবঙ্ পানবা পুম্নমক অসিবু মশক পান্না পুথোক্তুনা প্রকৃতিনা ওইজরকপগী মওঙ্দা ইমম মম্না লৈরম্বা মতৌ অদুবু মাঙ্হনবা ওইনা মশক নাইনা ফোংদোকপীরকলে ॥ ৬ ॥

মপান-শ্মোংগী ইন্দ্রি শিংনদি উবা ঙমদবা ( পূক্নিঙ্তনদি ঙাক্লনা ঙম্বা ), সূপনেন কুপ্না, হায়ফম খঙ্দবা ( ফোংদোক্তবা ), মাঙ্বা লৈতবা—অরেম্বা ওইবা, জীব পানবা পুম্নমকী মশক

**সোহভিধ্যায় শরীরাৎ স্বাৎ সিসৃক্ষুর্বিবিধাঃ প্রজাঃ।**
**অপ এব সসর্জ্জাদৌ তাসু বীজমবাসৃজৎ ॥ ৮**
**তদণ্ডমভবদ্ধৈমং সহস্রাংশুসম প্রভম্।**
**তস্মিন্ জজ্ঞে স্বয়ং ব্রহ্মা সর্ব্বলোকপিতামহঃ ॥ ৯**
**আপো নারা ইতি প্রোক্তা আপো বৈ নরসূনবঃ।**
**তা যদস্যায়নং পূর্ব্বং তেন নারায়ণঃ স্মৃতঃ ॥ ১০**
**যত্তৎ কারণমব্যক্তং নিত্যং সদসদাত্মকম্।**
**তদ্বিসৃষ্টঃ স পুরুষো লোকে ব্রহ্মেতি কীর্ত্ত্যতে ॥ ১১**

---

ওইবা অতুগুম্লবা রাখন্না লামলুবা ফংদবা পরমাত্মা মশামক্না ইহান হান্না হকচাংগী মশক নাইহন্দুনা মশাবু ফোংদোকপিরকখি ॥ ৭ ॥

অতুগুম্বা পরমাত্মা অতুনা মাগী হকচাংদগী মী অমদি শা-উচেক্কচিংবা প্রজা ময়াম শেম্বিনিঙ্তুনা মাগী রাখন্তদগী অহানবদা ঈশিংবু শেম্লগা মতুদা খরায় পানবা অতে পোকহনবা ওম্বা বীজ হাপলকলে ॥ ৮ ॥

হাপখ্রিবা ( থাদখ্রিবা ) মরু অতুনা ( বীজ ) সনা মচুগী হুমিৎকুম লংলবা মরুম ( লুম ) অমা ওইরকলে। লুম অসিদা মশামক্না লোক-পুম্নমক্কী ( মবোল পুম্নমক্কী ) পিতামহ ( পুম্রেন পুকোক ) ওইবা ব্রহ্মাগী মশক লোতুনা মপোক তমখ্রে ॥ ৯ ॥

নর হায়বদি পরমাত্মা ভগবানদগী ইহান হানবদা ঈশিং ওইরকখি হায়বদগী, ঈশিংবু নার হায়না খঙ্নখি অতুগা হায়রিবা নার ( ঈশিং ) অসিদা ব্রহ্মাগী মশক ওইবা পরমাত্মা ভগবানগী ইহান হানবা অয়ন (তুংফম) ওইনখি হায়বদগী ইবুংঙো মহাকপু 'নারায়ণ' হায়না কৌই ॥ ১০ ॥

মহাক অসিনা তাইবঙ্পানবা ( জগত ) পুম্নমক্কী অহানবা শেম্লবা মপুনি। মাগী হৌবকপা অমদি মাঙ্বা লৈতে, ইন্দ্রিয়শিংনা খঙ্বা উবা ঙমদে অতুমদি ওইরগা বেদতনদি লেপ্পা ওম্বদগী 'সৎ' অমদি হকশেংনমা খঙ্বা ঙম্ফদবদগী মাবু 'অসৎ' হায়না খঙ্নবা

অসিন্নণ্ডে স ভগবানুষিত্বা পরিবৎসরম্।
স্বয়মেবাত্মনো ধ্যানাত্তদণ্ডমকরোদ্দ্বিধা ॥ ১২
তাভ্যাং স শকলাভ্যাঞ্চ দিবং ভূমিঞ্চ নির্ম্মমে।
মধ্যে ব্যোম দিশশ্চাষ্টাবপাং স্থানঞ্চ শাশ্বতম্ ॥ ১৩
উদ্ববর্হাত্মনশ্চৈব মনঃ সদসদাত্মকম্।
মনসশ্চাপ্যহঙ্কারমভিমন্তারমীশ্বরম্। ১৪
মহান্তমেব চাত্মানং সর্ব্বাণি ত্রিগুণানি চ।
বিষয়াণাং গ্রহীতৄণি শনৈঃ পঞ্চেন্দ্রিয়াণি চ ॥ ১৫

---

অদুগুম্বা মহাক অদুনা শেমখিবা ইহান হানবা পুরুষ (পা) অসিবু ব্রহ্মা হায়না খঙ্নখি ॥ ১১ ॥

ভগবান ব্রহ্মানা হায়বিবা লুম অসিগী মনুংদা ব্রহ্মাগী চহি অমা চুপ্পা লৈরগা মমৈদা 'লুম অসি অনি থোক্লসনু' অসুম্না ধ্যান তৌদুনা মদুবু তংখায তাহল্লে ॥ ১২ ॥

অনি থোক্লবা লুম অসিগী মথক থংবা তংখায়দা স্বর্গনচিংবা মবোলশিং অদুগা মখাগী তংখায়দনা পৃথিবীনচিংবা শেমখ্রে অদুগা অনিমক্কী মযায়দনা (মরক্তা) আকাশ, মাযকৈ নিপান, অমসুং সমুদ্র হায়না খঙ্নবা অবেপ্পা মশক ওইবা ঈশিংগী লৈফম শেমখ্রে ॥ ১৩ ॥

ব্রহ্মানা পোৎ পুম্নমক্কী তুংনকম ওইবিবা মাগী হকচাংদগী বেদান্তসিদ্ধ ওইরবা সৎ (ব্রহ্ম) অমসুং হকথেংননা খঙ্ঙম উঙমদ্রবা অসৎকী মশক ওইবা পুক্নিঙ্বু শেম্লগা, অদুগুম্বা পুক্নিঙ্ অদুনা মথৌ তৌরক্লিবৈগী মমাঙ্দা সৃষ্টিগী থবক তৌবদা মপুং ওইবা মপাংগল লৈবা অহং (ঐ) হায়বা রাথন অসিনা মাঙ্ওইরবা থবক পুম্নমক্কী হৌদোকবা ওইবা অদুগুম্বা 'অহঙ্কার-তত্ত্ব' অদু শেম্বিরে ॥ ১৪ ॥

অসিগুম্বা 'অহঙ্কার-তত্ত্ব'গী মমাঙ্দা 'মহত্তত্ত্ব' না হান্না থোকল্লি—অদুগা মথং মথং 'সত্ত্ব, রজঃ, তমঃ' হায়বা গুণ অহুম অমদি 'শব্দ, স্পর্শ, রূপ, রস, গন্ধ' কৌবা হিরম মঙা অসিবু লৌ-শিনবা 'মিৎ, নাকোঙ্, নাতোন, লৈ অমসুং উনশা' হায়বা

**তেষামবয়বান্ সূক্ষ্মান্ ষণ্ণামপ্যমিতৌজসাম্ ।**
**সন্নিবেশ্যাত্মমাত্রাসু সর্ব্বভূতানি নির্ম্মমে ॥ ১৬**
**যন্মূর্ত্ত্যবয়বাঃ সূক্ষ্মাস্তস্যেমান্যাশ্রয়ন্তি ষট্ ।**
**তস্মাচ্ছরীর মিত্যাহুস্তস্য মূর্ত্তিং মনীষিণঃ ॥ ১৭**
**তদাবিশন্তি ভূতানি মহান্তি সহ কর্ম্মভিঃ ।**
**মনশ্চাবয়বৈঃ সূক্ষ্মৈঃ সর্ব্বভূতকৃদব্যয়ম্ ॥ ১৮ ॥**

---

জ্ঞা-নেন্দ্রিয় মঙা অমসুং খোঙ্হোকক্কম ইন্দ্রি, খোং, খুৎ, শৌচ-খোঙ্ অমসুং লিঙ্গ ( নিপা নুপী খঙ্নবা ফিন্নুংদা লৈবা খুদম ) হায়বা কর্ম্মেন্দ্রিয মঙা অসিসু শেমলে ।। ১৫ ।।

মখোয অসিগী মবক্তা মপান নাইত্রবা থবক তৌবা ওস্বা 'অহঙ্কাব' অমসুং 'পঞ্চতন্মাত্র' হাযবা ৬ অসিগী কুপথ্রবা মওঙ্ মতৌবু মশাগী মাত্রদা হাযবদি কুপথ্রবা পৃথিবীনচিংবা তন্মাত্রদগী ওল্লকপা শক্তম ওইবা পঞ্চ মহাভূত অমদি অহঙ্কাবগী ওল্লকপা মশক ওইবা ইন্দ্রিশিংদা তিনশিন্নত্নুনা ( হাপচিন্দুনা ) মহাক্না লাই-মী-অমদি শা-উচেক্লচিংবা থরায পানবা পুন্নমকপু শেমলে ।। ১৬ ।।

অহঙ্কাবনা মশক ওল্লকপা ইন্দ্রিশিং অমদি তন্মাত্রনা মশক ওল্লকপা পঞ্চমহাভূত—৬ অসিগী কুপথ্রবা মওঙ্শিংনা ( সূক্ষ্মভূত ) মখোযবু কার্য্য ওইনা আশ্রয় তৌত্নুনা হকচাং পুন্নমকপু থোকহল্লি ; মরম অদুনা প্রকৃতিগা তিন্নরবা ব্রহ্মাগীমূর্ত্তিবুসু মুনিশিংনা হকচাং হায়না খঙ্নৈ ।। ১৭ ।।

আকাশনচিংবা পঞ্চমহাভূত পুন্নমক্না অহাঙ্বনচিংবা মাগী মাগী কর্ম্মগা লোযননা পঞ্চতন্মাত্রগী মশক ওইনা লৈবা ব্রহ্মদগী অচুগা থরায পানবা পুন্নমকী হৌবকক্কম ওইবা খাইদোকপা য়াঙ্বা মন ( পুক্নিঙ্ ) অমসুং ইচ্ছা ( য়াথল ) না কল্লক য়েংশীবনচিংবা মশাগী কুপথ্রবা মওঙ্ মতৌগা লোয়ননা অহঙ্কারগী মশক ওইনা লৈবা ব্রহ্মদগী থোক্লকই ।। ১৮ ।।

তেষামিদন্তু সপ্তানাং পুরুষাণাং মহৌজসাম্‌।
সূক্ষ্মাভ্যো মূর্ত্তিমাত্রাভ্যঃ সম্ভবত্য ব্যয়াব্যয়ম্‌ ॥ ১৯
আদ্যাদ্যস্য গুণন্ত্বেষামবাপ্নোতি পরঃ পরঃ।
যো যো যাবতিথশ্চৈষাং স স তাবদ গুণঃ স্মৃতঃ ॥ ২০
সর্ব্বেষাস্তু স নামানি কর্ম্মাণি চ পৃথক্‌ পৃথক্‌।
বেদশব্দেভ্য এবাদৌ পৃথক্‌ সংস্থাশ্চ নির্ম্মমে ॥ ২১

---

পরমপুরুষ ওইবা ভগবানদগী থোকপাওইবদগী মহত্তত্ত্ব, অহঙ্কারতত্ত্ব অমদি পঞ্চতন্মাত্র হাযবা তরেং অসিবু পুরুষ হায়না খঙ্‌নৈ। সৃষ্টিগী থবক্তা মথোয় অসিগী মপাংগলদি ঙমথৈ নৈতে অহুগা মাঙ্‌বা তাকৃপা নাইবা তাইবঙ পানবা ( জগৎ ) অসিস্থ পরমাণু ওইবা মখোযগী সূক্ষ্ম অংশতদগী থোকখি ॥ ১৯ ॥

আকাশনচিংবা পঞ্চমহাভূতকী মবক্তা মথং মথংদা লাকপা —থূদিঙ্‌মক্কা মথক মথক্কী গুণশিং অহু চেল্লি। মথং মনাউ লেংবদা মানা মানা ওইবিবা অহানবা অনিশুবনচিংবা মশীং অহুগী মতুং-ইন্না মাগী মাগী মগুণগী মশীংস্থ ওই হাযবদি আকাশ-কী মগুণদি শব্দ ' মখোননি ), বাযু ( নুংশিৎ ) না আকাশতগী অনিশুবা ওইবনা মাগী মগুণস্থ অনি শুই—শব্দ অমসুং স্পর্শ ( শোকপা খঙ্‌হনবা ), তেজ ( মৈ ) না অহুম শুবনি মবম অহুনা মথক্কী শব্দ, স্পর্শ হাযবা গুণ অনি অসিগা মশাগী মগুণ 'রূপ' ( মশক নাইবা ) হাযবসিগা পূনশিল্লগা শব্দ, স্পর্শ, রূপ অহুম অসিনি। মতৌ অসুম্না জল ( ঈশিং ) না মরিশুবা ওইবনা মাগী মগুণনা—শব্দ, স্পর্শ, রূপ অমসুং রস ( মহাউ ) নি। পৃথিবীনা মঙাশুবা ওইবনা মাগী মগুণনা—শব্দ, স্পর্শ, রূপ, রস অমসুং গন্ধ ( মনম ) অসিনি ॥ ২০ ॥

হৌরিবা মথক মথক্কী কল্পশিংদা লাই-মী-শা উচেকনচিংবগী মাগী মাগী মমিং, থবক অমদি মনাং-মথৌমচিংবা হান্না নৈরম্বা খঙ্‌, অহু ব্রহ্মানা মাগী থম্মোইহুংদা নৈরিবা বেদ-দগী খঙ্‌হনা

কর্ম্মাত্মনাঞ্চ দেবানাং সোহসৃজৎ প্রাণিনাং প্রভুঃ।
সাধ্যানাঞ্চ গণং সূক্ষ্মং যজ্ঞঞ্চৈব সনাতনম্॥ ২২
অগ্নিবায়ুরবিভ্যস্তু ত্রয়ং ব্রহ্ম সনাতনম্।
দুদোহ যজ্ঞসিদ্ধ্যর্থমৃগ্‌যজুঃসামলক্ষণম্॥ ২৩
কালং কালবিভক্তীশ্চ নক্ষত্রাণি গ্রহাংস্তথা।
সরিতঃ সাগরান্ শৈলান্ সমানি বিষমাণি চ॥ ২৪
তপো বাচং রতিঞ্চৈব কামঞ্চ ক্রোধমেব চ।
সৃষ্টিং সসর্জ্জ চৈবেমাং স্রষ্টুমিচ্ছন্নিমাঃ প্রজাঃ॥ ২৫

---

অহুগুম্বা তোঙান তোঙানবা মমিং, তোঙান তোঙানবা থবক অমসুং তোঙান তোঙানবা মনাৎ মথৌনচিংবছু তাকথোকপিরকই ॥ ২১ ॥

অহুগুম্বা প্রভু অহুনা মানা মানা তৌবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না ওই-রকপা লাইশিং, মথরায় পানবা ইন্দ্রনচিংবা লাইশিং, সাধ্য হায়না খঙ্নবা কূপস্রবা লাইশিং অহুগা জ্যোতিষ্টোমনচিংবা লেঙ্ত্রবা ( অমাঙ্অতা লৈত্রবা ) যজ্ঞ পূন্নমক শেম্বিরে ॥ ২২ ॥

যজ্ঞগী থবক পাঙ্-থোক্লবগীদমক মৈ-দগী ঋগ্বেদ, নুংশিত্তগী যজুর্ব্বেদ, অহুগা নুমিত্তগী সামবেদবু যণ-দগী শংগোম গুম্না গুমথবীরক্লে ॥ ২৩ ॥

মহাক্না নুমিৎনচিংবগী থবক্তী মশক ওইরবা ( থবক্তগী থোক-লকপা ) মতম অমদি অয়ন ( নুমিৎনা খা-রাংদা লৈবা হায়বদি নিংথম কালেন ), ঋতু ( থা ২ না ঋতু অমা ) অসিনচিংবা মতমগী তোঙান তোঙানবা শরুকশিং, অশ্বিনীনচিংবা থরাম্মীচাক ময়াম, সোমনচিংবা গ্রহ, তুরেন, সমুদ্র, চীং, লৈতেম মাম্নবা লমদম অমদি মং তাংচমবুং নাইবা লম পূন্নমক শেম্বিরকল্লে। ২৪ ॥

অহুগুম্বা পরম পুরুষ অহুনা প্রজাসৃষ্টি তৌবিনিঙ্লুনা তপস্যা, বাক্য (ৱাহৈ), রতি (থম্মোইগী আপেনবা মতৌ), কাম (অপাম্বা) অমসুং ক্রোধ ( অশাউবা ) অসিনচিংবা পোং মতৈসু শেম্বিরকলে ॥ ২৫ ॥

কর্ম্মণাঞ্চ বিবেকার্থং ধর্ম্মাধর্ম্মৌ ব্যবেচয়ৎ।
দ্বন্দ্বৈরযোজয়চ্চেমাঃ সুখদুঃখাদিভিঃ প্রজাঃ ॥ ২৬
অণ্ব্যো মাত্রা বিনাশিন্যো দশার্দ্ধানান্তু যাঃ স্মৃতাঃ ॥
তাভিঃ সার্দ্ধমিদং সর্ব্বং সম্ভবতানু পূর্ব্বশঃ ॥ ২৭
যন্তু কর্ম্মণি যস্মিন্ স ন্যযুঙ্ক্ত প্রথমং প্রভুঃ।
স তদেব স্বয়ং ভেজে সৃজ্যমানঃ পুনঃ পুনঃ ॥ ২৮
হিংস্রাহিংস্রে মৃদুক্রূরে ধর্ম্মাধর্ম্মাবৃতানৃতে।
যদ্যস্য সোঽদধাৎ সর্গে তত্তস্য স্বয়মাবিশৎ ॥ ২৯
যথর্ত্তুলিঙ্গান্যৃতবঃ স্বয়মেবর্ত্তুপর্য্যয়ে।
স্বানি স্বান্যভিপদ্যন্তে তথা কর্ম্মাণি দেহিনঃ ॥ ৩০

---

কর্ম্ম পূম্নমকপু তোপ্পা তোপ্পা খাযদোক্নবগীদমক্তা মহাক্না ধর্ম্ম নংপা নত্তবগী মথল খায়দোকপিরে অদুগা প্রজাশিংগী মফমদস্থু অন্নাবা অমদি হুংঙাইবা হায়বা মথল অনিথক শন্নক থুংবীরে ॥ ২৬ ॥

অকুপ্পা অমস্থুং মশক হোংবা নাইবা (১) পঞ্চ তন্মাত্রগা লোয়নবা অসিগুম্বা সৃষ্টি পূম্নমক অসিবু মথং মনাউ নাইনা—অপীবপা, অকুপ্পদগী অপোবা-অচৌবা অদুগা অচৌবদগীস্থু হেন্না চাউখৎপা নাইনা মহাক্না শেম্নকলে ॥ ২৭ ॥

সৃষ্টিগী মপু ওইবা ব্রহ্মানা সৃষ্টি তৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা মা মাগী পীখিবা শিন্থা ( মথৌ ) অদুগী মতুং ইন্না হন্না হন্না পোক্তুনস্থু মশাগী থাদোক্নবা য়াত্রবা মনাৎ ওইনা থবকশিং অদুতা অদুম তৌনরকলে ॥ ২৮ ॥

হিংসা, অহিংসা, অথোৎপা নংঙৎবা, হুংশি হৈতবা ( লৌনম তৌবা ), ধর্ম্ম নংপা-নত্তবা, অচুম্বা অরানবা—অসিগুম্বা সৃষ্টি মতমদা পীবিখিবা মাগী মাগী মগুণশিং অদু সৃষ্টিগী মতুংদস্থু মশা মশাদা [illegible] অদু অদুমক চেল্লকই । ২৯ ॥

[illegible] অদুশিংনা মশা মশাগী মতম ওইরক্নবদা মশোক

(১) [illegible]—পঞ্চমহাভূতকী পরমাণু ওইবা [illegible]

লোকানাঞ্চ বিবৃদ্ধ্যর্থং মুখবাহূরুপাদতঃ।
ব্রাহ্মণং ক্ষত্রিয়ং বৈশ্যং শূদ্রঞ্চ নিরবর্ত্তয়ৎ॥ ৩১
দ্বিধা কৃত্বাত্মনো দেহমর্দ্ধেন পুরুষোঽভবৎ।
অর্দ্ধেন নারী তস্যাং স বিরাজমসৃজৎ প্রভুঃ॥ ৩২
তপস্তপ্ত্বাসৃজদ্যন্তু স স্বয়ং পুরুষো বিরাট্।
তং মাং বিত্তাস্য সর্ব্বস্য স্রষ্টারং দ্বিজসত্তমাঃ॥ ৩৩
অহং প্রজাঃ সিসৃক্ষুস্তু তপস্তপ্ত্বা সুদুশ্চরম্।
পতীন্ প্রজানামসৃজং মহর্ষীনাদিতো দশ॥ ৩৪
মরীচিমত্র্যঙ্গিরসৌ পুলস্ত্যং পুলহং ক্রতুম্।
প্রচেতসং বশিষ্ঠঞ্চ ভৃগুং নারদমেব চ॥ ৩৫

---

চোংবনচিংবা ঋতুগী থূদম পূম্নমক মশা মথন্তা অহুম ওইজরকপগুম হান্নগী মপোক্তা তানশিল্লকপা কর্ম্মফল পূম্নমকসু মাগী মাগী মতম চানা চানা মশক মওঙ্ নাইরিবা ( দেহ ধারী ) থরায় পানবশিংদা অহুম্মক উরকই ॥ ৩০ ॥

আদি পুরুষ ওইবা ব্রহ্মানা পৃথিবীদা প্রজা মশীং হেনগৎহন্নবগীদমক মাগী মচীন্দগী ব্রাহ্মণ, মপাক্লোমদগী ক্ষেত্রি, মকৈথলগী বৈশ্য অহুম মখোঙ্দগীনা শূদ্র—হায়বা বর্ণ মরি অসি শেমলে ॥ ৩১ ॥

অহুগুম্বা প্রভু অহুনা মশাগী হকচাংবু অনি থোক্না থাম্নদোক্নুনা তংখায় অমনা নিপা, তংখায় অমনা নুপী ওইরে অহুগা নুপী অহুগী গর্ভদা বিরাট্‌পু সৃষ্টি তৌরকলে ॥ ৩২ ॥

হে দ্বিজ-অথোইবা পূম্নমক! অহুগুম্বা বিরাট্ পুরুষ অহুনা অকনবা তপ তৌহুনা মশামক্তা অমুক সৃষ্টি তৌবীরকপা "ঐ" অসিবু সৃষ্টি পূম্নমকপু থোকহল্লকপিবা অহুগুম্বা মনু অহুমক্তি হায়না খঙ্ নবীগনি ॥ ৩৩ ॥

ঐনা প্রজা শেমগে থক্নুনা তৌগমল্লবা অকনবা তপ তৌহুনা ইহান হান্নবা মহর্ষি ওইবা প্রজাপতি ১০ মকপু শেমখি ॥ ৩৪ ॥

মরীচি, অত্রি, অঙ্গিরা, পুলস্ত্য, পুলহ, ক্রতু, প্রচেতা, বশিষ্ঠ,

এতে মনূংস্তু সপ্তান্যানসৃজন্ ভূরিতেজসঃ ॥
দেবান্ দেবনিকায়াংশ্চ মহর্ষীংশ্চামিতৌজসঃ ॥ ৩৬
যক্ষরক্ষঃ পিশাচাংশ্চ গন্ধর্ব্বাপ্সরসোঽসুরান্ ।
নাগান্ সর্পান্ সুপর্ণাংশ্চ পিতৄণাঞ্চ পৃথগ্গণান্ ॥ ৩৭
বিদ্যুতোঽশনি-মেঘাংশ্চ রোহিতেন্দ্রধনূংষি চ ।
উল্কানির্ঘাত কেতূংশ্চ জ্যোতীংষ্যুচ্চাবচানি চ । ৩৮
কিন্নরান্ বানরান্মৎস্যান্ বিবিধাংশ্চ বিহঙ্গমান্ ।
পশূন্ মৃগান্মনুষ্যাংশ্চ ব্যালাংশ্চোভয়তোদতঃ । ৩৯

---

ভৃগু অমসুং নারদ—১০ মক অসি মাগী মাপ্পী মমিং মাম্নংদা তোপ্পা তোপ্পা খঙ্নরবা প্রজাপতি মক্তনি ॥ ৩৫ ॥

অসিগুম্বা প্রজাপতিশিং অসিনা মতিক মগুণ চাউরবা মনু ৭, অতুগা ব্রহ্মানা শেম্বদা যাওথিদ্রিবা লাইশিং অমসুং মখোয়গী লৈফম, অতুগা মপান নাইদনা মতিক মগুণ লৈরবা মহর্ষি ময়ামবু শেমখি ॥ ৩৬ ॥

অতুগা মখোয়না যক্ষ, রাক্ষস ( হিংচাবা ) পিশাচ ( তম্নলাই-শিং ), গন্ধর্ব্ব, অপ্সর ( স্বর্গগী জগোই শাবীশিং ), অসুর (দৈত্য), নাগ ( মতোক য়াওবা লিনগী জাৎ অমা ), সর্প (লিন), গরুড়-চিংবা উচেকশিং অমসুং তোঙান তোঙানবা পিতৃশিংসু শেম্ল-কলে ॥ ৩৭ ॥

মখোয়না নোংথাঙ, বজ্র, নোং নত্রগা লৈচিল, মচু মখাল মখলগী মঙান চেনবা জ্যোতির্দ্দণ্ডশিং, চুমথাঙ, উল্কা ( শঙাইশেন ), নির্ঘাত ( অকিবা মখোলশিং ), ধূমকেতু, ধ্রুব অমসুং অগত্যনচিংবা মখল মখা অয়াম্বা মঙান চেনবা পোৎ ময়ামসু শেম্লকলে ॥ ৩৮ ॥

অতুগা মখোয়না কিন্নর ( লাইগী ঈশৈ শকপা, শরেংগুম মকোক পানবা মী ), য়োং, ঙা, উচেকশিং, শা, শজি, মী, লিন অমদি মখা পরেং অনি হৌবা শগোললনচিংবা শা অমসুং লোংলোক-চিংবা শাত্রিং চাবা শা পুম্নমক শেম্লকলে ॥ ৩৯ ॥

কৃমিকীটপতঙ্গাংশ্চ যূকা-মক্ষিক মৎকুণম্ ।
সর্ব্বঞ্চ দংশমশকং স্থাবরঞ্চ পৃথগ্বিধম্ ॥ ৪০
এবমেতৈরিদং সর্ব্বং মন্নিয়োগান্মহাত্মভিঃ ।
যথাকর্ম্ম তপোযোগাৎ সৃষ্টং স্থাবরজঙ্গমম্ ॥ ৪১
যেষাস্তু যাদৃশং কর্ম্ম ভূতানামিহ কীর্ত্তিতম্ ।
তৎ তথা বোঽভিধাস্যামি ক্রমযোগঞ্চ জন্মনি ॥ ৪২
পশবশ্চ মৃগাশ্চৈব ব্যালাশ্চোভয়তোদতঃ ।
রক্ষাংসি চ পিশাচাশ্চ মনুষ্যাশ্চ জরায়ুজাঃ ॥ ৪৩
অণ্ডজাঃ পক্ষিণঃ সর্পা নক্রা মৎস্যাশ্চ কচ্ছপাঃ ।
যানি চৈবম্প্রকারাণি স্থলজান্যৌদকানি চ ॥ ৪৪
স্বেদজং দংশমশকং যূকা-মক্ষিক-মৎকুণম্ ॥
উষ্মণশ্চোপজায়ন্তে যচ্চান্যৎ কিঞ্চিদীদৃশম্ ॥ ৪৫

---

হলগী জাৎ, তীল, কৌজেঙ্, হিক্, হয়িং, মা, তূমিং-কাঙ্ অমস্যুং উ-উরীনচিংবসু তোপ্পা তোপ্পা শেম্লকলে ॥ ৪০ ॥

ঐগী য়াথং মতুংইন্না প্রজাপতি ১০ অসিনা তপকী পাংগলনা মাগী মাগী কর্ম্মগী মতুংইন্না অচৎ চত্ত পূন্নমক অসিবু শেমখি ॥ ৪১ ॥

মথক্কী গুরুশিংনা জাতি জাতিগী ওইবা মাগী মাগী কর্ম্ম অমস্যুং পোকপগী মথং মনাউগী মরমদা হায়বিখিবা পূন্নমক অতু নখোয় পূন্নমক্তা হায়রক্কে ॥ ৪২ ॥

থরায় পান্নবশিংগী মনুংদা শা, শজি, য়াপরেং অনি হোৎবা শা, হিংচাবা, পিশাচ (তম্মলাই) অমস্যুং মীওইবা—মখোয় পুন্নমক অসিবু গর্ভকোষ (নাউয়োম) দগী পোকপনি হায়রুনা জরায়ুজ হায়না খঙ্নৈ ॥ ৪৩ ॥

উচেক, লিল, কুম্ভীর, ঙা, থেংগু অমস্যুং অসিগুম্বা কংকাপা লেবা কৃকলাস (চুম) নচিংবা অহুগা ঈশিংদা লৈবা হঙোইনচিংবা [illegible] অসিনা মরুভূমী পোকপনি ॥ [illegible] ॥

তূমিং-কাঙ্, হীক, মা, হয়িং—মখোয় অসিনা হুমাং [illegible]

উদ্ভিজ্জাঃ স্থাবরাঃ সর্ব্বে বীজকাণ্ডপ্ররোহিণঃ।
ওষধ্যঃ ফলপাকান্তা বহুপুষ্প,ফলোপগাঃ॥ ৪৬
অপুষ্পাঃ ফলবন্তো যে তে বনস্পতয়ঃ স্মৃতাঃ।
পুষ্পিণঃ ফলিনশ্চৈব বৃক্ষাস্তূভয়তঃ স্মৃতাঃ॥ ৪৭
গুচ্ছগুল্মন্তু বিবিধং তথৈব তৃণজাতয়ঃ।
বীজকাণ্ডরুহাণ্যেব প্রতানা বল্ল্য এব চ॥ ৪৮
তমসা বহুরূপেণ বেষ্টিতাঃ কর্ম্মহেতুনা।
অন্তঃসংজ্ঞা ভবন্ত্যেতে সুখদুঃখসমন্বিতাঃ॥ ৪৯

---

মনিন্দগী পোকপনি অহুগা ককচেংনচিংবা জীবশিংসু অশাবদগী পোকপনি ॥ ৪৫ ॥

পাম্বী পুন্নমক অসিদি লেঙ্‌দবা ( চত্তবা ) জীবনি। মখোয় অসিগী মরক্তা খরনা মক্বাদগী অহুগা খরা অমনা মশা কলম তৌবদগী হৌই। মপাল য়াম্না শারগা মহৈ য়াম্না য়ানবা অহুগা মহৈ অহুনা মুল্লবদি হেক শিবা মখোয অদুবুনা 'ওষধি' হায়না কৌই ॥ ৪৬ ॥

মপালদি শাদনা মহৈ য়ানবশিং অদুনা (১) 'বনস্পতি' হায়না কৌই অহুগা মপালবু শারবগু নত্রগা মহৈতমক যাল্লবসু মখল অনিমক অসিবু 'বৃক্ষ' ( উপাল ) হায়না অহুম্মক খঙ্‌নৈ ॥ ৪৭ ॥

উরী-রারীগী জাৎতি মখল যাম্মী ; নাপীগী মখলসু য়াম্না য়াম্মী, প্রতান নত্রগা লৈখাদা মবী চৎপা উরীগী জাৎসু মখল য়াম্মী। মখোয় অসিসু শবনা মক্বাদগী, খবনা মশা-মউদগী হৌই। (গুচ্ছ—মল্লিকানচিংবা, বল্লী- -লী, যাংলীগুম্বা অথুম্বা থোকপা জাৎ, গুল্ম—শ্রা-নচিংবা, প্রতান—খোংক্রম মাইরেম্নচিংবা ) ॥ ৪৮ ॥

অসিগুম্বা উপাল-রাপালশিং অসিদি মাগী মাগী ফত্তবা-কর্ম্ম-ফলনা তমোগুণতগী মশক ওই ; অহুমদি ওইরগা মখোয়গী মশাদসু অরা-নুংঙাই খঙ্‌নবা জ্ঞানদি লৈ ॥ ৪৯ ॥

---

(১) বনস্পতি—লৈবোঙ, হৈহ্নিং, অশিহৈবোং অমদি হৈবা মখোয় [illegible] ।

[illegible] ।
[illegible] নি ॥ ৫০
[illegible] চিত্ত [illegible] ।
[illegible] ॥ ৫১
যথা [illegible] ।
[illegible] ॥ ৫২
[illegible] তু [illegible] ।
[illegible] নির্বর্ত্তন্তে [illegible] ॥ ৫৩

---

অসুম্না তত্তনা মাঙ্‌বা-তাকপা নাইস্লিবা, পোকপা অমদি শিবা চঙ্‌বা নাইস্লিবা অকিবগী মশক ওইবা তাইবঙ্‌পানবা অদিদা ব্রহ্মা-দগী হৌদুনা অচৎ-চত্ত জীব পুম্নমক ফাওবগী হৌরকফম অদুবা-শুগায়না হায়রিবসিনি ॥ ৫০ ॥

অতুগুম্বা, খনবদা য়োঁঙমদবা, তৌঙমদবা লৈতবা ভগবান অদুনা মতৌ অসুম্না অচৎপা-চত্তবা তাইবঙ্‌পানবু অমদি ঐহাক অসিবু শেম্বিবগা প্রলয়গী মতমনা মাগী খুৎশেমগী মতমবু অমুক মাঙহনবী-দুনা প্রলয়গী মতমদা মশাদা ( মতোন্দা ) মশাবু অমুক তিনশিন্নুনা মাঙ্‌বিখি ॥ ৫১ ॥

অতুগুম্বা প্রজাপতি অদুনা মিংকপ থোরকপা মতমদা মশাদা নাইত্রেবা তাইবঙ্‌ পানবা পুম্নমক অসিসু স্বর হোন্দোক হোঙ্গল-চিংবা তৌদুনা লেঙ্‌বা-ওৎপা অমুক হৌরকই অদুগা মহাক অদুনা তুমখুন হনখিবা মতমদনা তরু তরুবা ( মক্তুবা ) তাইবঙ্‌ অসিসু অমুক সুমখি ॥ ৫২ ॥

ভগবানদা মশা মখত্তগী মহুৎদা মখত্তমক লৈজদুনা থোক্লা-রিঙৈ মতম অদুমদি—মাগী মাগী কর্ম্মগী মতুংইন্না মশক মওঙ্‌ নাই-রিবা ( দেহধারী ) জীবশিং পুম্নমকসু মাগী মাগী মশৌ তোঙানুনা মখোয় মখোয়গী মগুক্তিঙ্‌ সু ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়ননা অমত্তা ওইনা পুনশিনদুনা লৈনখি ॥ ৫৩ ॥

সূক্ষ্মত্বাৎ [illegible]লীয়তে যথা অগ্নির্মহার্ণবে ।
[illegible] সর্ব্বভূতাত্মা সূক্ষ্মং স্বপিতি নির্বৃতঃ ॥ ৫৪
[illegible] সমাশ্রিত্য চিরং তিষ্ঠতি সেন্দ্রিয়ঃ ।
[illegible] কুরুতে কর্ম্ম ততোৎক্রামতি মূর্ত্তিতঃ ॥ ৫৫
[illegible]ণুমাত্রিকো ভূত্বা বীজং স্থাস্নু চরিষ্ণু চ ।
সমাবিশতি সংসৃষ্টেতা মূর্ত্তিং বিমুঞ্চতি । ৫৬
এবং স জাগ্রৎস্বপ্নাভ্যামিদং সর্ব্বং চরাচরম্ ।
সঞ্জীবয়তি চাজস্রং প্রমাপয়তি চাব্যয়ঃ ॥ ৫৭

---

তাইবঙ্ পানবা পূন্নমক অসিনা মঙোন্দা সূপশিন্দুনা লৈরিবে মতম অতুদদি জীব পুন্নমক্কী আত্মা ( মাগী মাগী 'ঐ' ) ওইরিবা পরমাত্মা অহুনা করিস্নু খন্দনা অতুম তূমখুন হুন্দুনা হুংঙাইনা য়াতাবগা পাংথক ওইনা লৈ ॥ ৫৪ ॥

অসিগুম্বা পূক্নিঙ্ তনা থৌইনশিন ওইরিবা জীবশিংনা তমো ( অমম্বগী মশক ওইবা ) হায়না কৌবা অজ্ঞান ( খঙ্ বা উবা লৈত্রবা ) বু আশ্রয় তৌদুনা ইন্দ্রিশিংগা লোয়নননা মতম য়াম্না চুইনা অমম্বা মরক্তা অতুম তুংহুনা লৈখি ; মতম অতুদদি স্বপ্ন হোন্দোক হোঙ্গিন্নচিংবা হিংবগী হোনবী থবক অমত্তস্ত তৌবা লৈতে,—অসিগুম্বা মতম অসিদা মসিনা ( জীবনা ) হান্নগী মশাদগী ( স্থূল দেহ ) অতোপ্পা মশা ( সূক্ষ্ম দেহ ) অমদা চংলি ॥ ৫৫ ॥

জীবনা আণুমাত্রিক ওইহুনা হায়বদি কূপ্ থ্রবা পঞ্চভূত, জ্ঞানেন্দ্রিয়, কর্ম্মেন্দ্রিয় মন, বুদ্ধি, বাসনা, বায়ু, কর্ম্ম অমসুং অজ্ঞান —মখোয় অসিনা লিঙ্গ শরীরী ( নিপা নূপী থায়না ) ওইনা অচংচক জীবগী বীজদা হেক চঙ্ শিন্নবা মতম অহুমক্তদা মাগী সৃষ্টিগী মতোৎ অহু ওইরকই অতুগা ফিবম অতুদা প্রলয়-মমাঙ্গী কর্ম্মগী মতুংইন্না মাগী মশক মওঙ্ সু লৌরকই ॥ ৫৬ ॥

মতৌ অসুম তৌহুনা, অমাঙ্ অতা লৈত্রবা অহুগুম্বা ( খ্বাইগী পুক্কোক ওইবা ) ব্রহ্মানা য়াকায়বা অমদি তূমখুন হুনবা মতমদা

ইদং শাস্ত্রং তু কৃত্বাসৌ মামেব স্বয়মাদিতঃ।
বিধিবদ্ গ্রাহয়ামাস মরীচ্যাদীংস্ত্বহং মুনীন্ ॥ ৫৮

এতদ্বোঽয়ং ভৃগুঃ শাস্ত্রং শ্রাবয়িষ্যত্যশেষতঃ।
এতদ্ধি মত্তোঽধিজগে সর্ব্বমেষোঽখিলং মুনিঃ ॥ ৫৯

ততস্তথা স তেনোক্তো মহর্ষির্ম্মনুনা ভৃগুঃ।
তানব্রবীদৃষীন্ সর্ব্বান্ প্রীতাত্মা শ্রূয়তামিতি ॥ ৬০

স্বায়ম্ভুবস্যাস্য মনোঃ ষড় বংশ্যা মনবোঽপরে।
সৃষ্টবন্তঃ প্রজাঃ স্বাঃ স্বা মহাত্মানো মহৌজসঃ ॥ ৬১

স্বারোচিষশ্চোত্তমশ্চ তামসো রৈবতস্তথা।
চাক্ষুষশ্চ মহাতেজা বিবস্বৎসুত এব চ ॥ ৬২

---

অচৎ-চত্তনা-ওইবা তাইবঙ পুম্নমকপু শেম্বা অমদি মাঙ্‌হনবা হায়-বত্থু অস্থুম থোকহন্দুনবা লৈ ॥ ৫৭ ॥

খ্বায়দগী হানবা—পুকোক ওইবা হিরণ্যগর্ভ ব্রহ্মানা সৃষ্টিগী অহানবা মতমদা অসিগুম্বা ধর্ম্ম শাস্ত্র অসি লেংথোক্লগা হৌনবী মতুং ইন্না ঐঙোন্দা তম্বী-তাকপি তৌবীখি। ঐনা অমুক মথংদা মরী-চিনচিংবা মুনিশিংবু তাকপিখি ॥ ৫৮ ॥

মহর্ষি ভৃগুসু তাইবঙ্‌পানবগী ওইবা অসিগুম্বা শাস্ত্র অসি মপুং ফানা ঐঙোন্দগী তমথ্রবনি; মহাক্না মসি নথোয় পুম্নমক্তা হৌবদগীনা লোইবা ফাওবা তাহনবীগনি ॥ ৫৯ ॥

ভগবান মনুনা অসুম তাকপিরবদা মহর্ষি ভৃগুনা হরাউ হুরাক্লনা ঋষিশিংদা হায়বা হৌরকই, নথোয় পুম্নমক তাবিয়ু ॥ ৬০ ॥

ব্রহ্মাগী মচানিপানা পোকপা মশূনিপা স্বায়ম্ভুব কৌবা মনু অসিগী বংশদা মতিক মগুণ চাউরবা অতোপ্পা মনু ৬ থরক্নু পোক্লম্মি। মখোয় খুদিঙ্‌মক্না প্রজা সৃষ্টি তৌনহনা মাগী মাগী মথৌবু প্থাকথোক চাউথোকহনখি ॥ ৬১ ॥

মখোয় অসিগী মমিংশিং—স্বারোচিষ, উত্তম, তামস, রৈবত,

স্বায়ম্ভুবাদ্যাঃ সপ্তৈতে মনবো ভূরিতেজসঃ।
স্বে স্বেঽন্তরে সর্ব্বমিদমুৎপাদ্যা-পুশ্চরাচরম্ ॥ ৬৩
নিমেষা দশ চাষ্টৌ চ কাষ্ঠা ত্রিংশত্তু তাঃ কলাঃ।
ত্রিংশৎকলা মুহূর্ত্তঃ স্যাদহোরাত্রন্তু তাবতঃ ॥ ৬৪
অহোরাত্রে বিভজতে সূর্য্যো মানুষদৈবিকে।
রাত্রিঃ স্বপ্নায় ভূতানাং চেষ্টায়ৈ কর্ম্মণামহঃ ॥ ৬৫
পিত্র্যে রাত্র্যহনী মাসঃ প্রবিভাগস্তু পক্ষয়োঃ।
কর্ম্মচেষ্টাস্বহঃ কৃষ্ণঃ শুক্লঃ স্বপ্নায় শর্ব্বরী ॥ ৬৬
দৈবে রাত্র্যহনী বর্ষং প্রবিভাগস্তয়োঃ পুনঃ।
অহস্তত্রোদগয়নং রাত্রিঃ স্যাদ্দক্ষিণায়নম্ ॥ ৬৭

---

চাক্ষুষ, বিবস্বত্‌কী ( সূযা ) মচানিপা বৈবস্বত—মখোয অসিনি অমস্নং মখোয পূন্নমক অসি মতিক মগুণ চাউবা ঙাক্তনি ॥ ৬২ ॥

মপান নাইত্রবা গুণ চেনবা স্বায়ম্ভুবনচি ".া মনু ৭মক অসিনা মানা মানা পানবা মতমদা অচৎ-চত্ত জীবশিংনা ওইবা অাসগুম্বা তাইবঙ্‌পানবা অসিবু সৃষ্টি তৌহ্লনা য়োকপিবকখি ॥ ৬৩ ॥

নিমেষ ১৮ না হায়বদি মিৎকুপ ১৮ না কাষ্ঠা অমনি, কাষ্ঠা ৩০ না কলা অমা, কলা ৩০ না মুহূর্ত্ত অমা, মুহুর্ত্ত ৩০ না অহোরাত্র ( অহিং নুংথিল ) অমা ওই ॥ ৬৪ ॥

মী অমস্নং লাইগী অয়ুক অমদি নুংথিল খায়বিবসি নুমিৎ মনি। অহিংনা জীবশিংগী তুম্নবা মতমনি অদুগা অয়ুক-নুংথিলনা শূবা-নোম্বগী মতমনি ॥ ৬৫ ॥

মীগী থা অমনা পিতৃলোক কী নোংমনি। শিথববপা থা ( নিন্দুং=পূর্ণিমা মতুংদগী থাশি ফাওবা ) মথায় অমনা পিতৃশিংগী অয়ুক নুংথিল ওই অদুগা পানখৎলকপা ( নিম্নাঙ্‌=থাশি মতুংদগী পূর্ণিমা ফাওবা ) থাখায় অমনা মখোয়গী অহিং ওই। মনম অদুনা ঐখোয়গী কৃষ্ণপক্ষনা মখোয়গী থবক তৌনবা মতমনি অদুগা শুক্ল-পক্ষনা মখোয়গী তুমহ্নবা পোথানবা মতমনি ॥ ৬৬ ॥

**ব্রাহ্মস্য তু ক্ষপাহস্য যৎ প্রমাণং সমাসতঃ।**
**একৈকশো যুগানান্তু ক্রমশস্তান্নিবোধত ।৬৮**
**চত্বার্য্যাহুঃ সহস্রাণি বর্ষাণান্তু কৃতং যুগম্।**
**তস্য তাবচ্ছতী সন্ধ্যা সন্ধ্যাংশশ্চ তথাবিধঃ ।। ৬৯**
**ইতরেষু স সন্ধ্যেসু সসন্ধ্যাংশেষু চ ত্রিষু।**
**একাপায়েন বর্ত্তন্তে সহস্রাণি শতানি চ ।। ৭০**
**যদেতৎ পরিসঙ্খ্যাতমাদাবেব চতুর্যুগম্।**
**এতদ্দ্বাদশসাহস্রং দেবানাং যুগমুচ্যতে ।। ৭১**

মীগী চহি অমনা লাইগী নোংমনি। মখোয়নীস্থু ( থা ৬। ৬না) উত্তরায়ণ—দক্ষিণায়ণ হায়না নোংমবু অমুক অনি থোক্লা খায়দোকই। উত্তরায়ণনা অয়ুক হুংথিলনি ; দক্ষিণায়ণনা অহিংনি। (উত্তরায়ণ—হুমিৎনা অরাংলোমদা লৈবা কালেনগী মতম=থা ৬, দক্ষিণায়ণ—হুমিৎনা খা-বোমদা লৈবা মতম=নিংথমখা থা ৬ )।। ৬৭।।

হুজীক ব্রহ্মাগী অয়ুক হুমিদাং অমসুং সত্য, ত্রেতানচিংবা মতমগী মচাংশিং অতু মথং মথং হায়জরক্কে। হে মহর্ষি পূন্নমক! নখোয় পূন্নমক তাবিয়ু।। ৬৮।।

লাইগী চহিদা চহি লীশীং মরিনা সত্যযুগ ওই। যুগ অসিগী অহানবা চহি চামরি (৪০০) না সন্ধ্যানি ( যুগ অনি লোন্নবা মতম ) অতুগা অকোনবা চহি ৪০০ অমনা সন্ধ্যাংশ ( লাক্কদবা যুগকা তাই-নবা মতম ) ওই।। ৬৯।

অতোপ্পা যুগ অহুম হায়বদি ত্রেতা, দ্বাপর, কলি যুগ অহুম অসিগী—সন্ধ্যা অমসুং সন্ধ্যাংশগী অশাংবদি অহানবনা চহি লীশীং অমা অমসুং অকোন অকোনবনা চহি ১০০। ১০০ অহুম হুস্থরকই হায়বদি চহি ৩,০০০ না ত্রেতানি চহি ৩০০ না মাগী সন্ধ্যানি, ৩০০ অমনা সন্ধ্যাংশনি। ২,০০০ না দ্বাপরনি, ২০০ না সন্ধ্যানি, ২০০ না সন্ধ্যাংশনি। চহি ১,০ ০ না কলিনি, ১০০ না সন্ধ্যানি, ১০০ না সন্ধ্যাংশনি ।। ৭০ ।

**দৈবিকানাং যুগানান্তু সহস্রং পরিসঙ্খ্যয়া।**
**ব্রাহ্মমেকমহর্জ্ঞেয়ং তাবতীং রাত্রিমেব চ ॥ ৭২**
**তদ্বৈ যুগসহস্রান্তং ব্রাহ্মং পুণ্যমহর্বিদুঃ।**
**রাত্রিঞ্চ তাবতীমেব তেঽহোরাত্রবিদো জনাঃ ॥ ৭৩**
**তস্য সোঽহর্নিশস্যান্তে প্রসুপ্তঃ প্রতিবুধ্যতে।**
**প্রতিবুদ্ধশ্চ সৃজতি মনঃ সদসদাত্মকম্ ॥ ৭৪**
**মনঃ সৃষ্টিং বিকুরুতে চোদ্যমানং সিসৃক্ষয়া।**
**আকাশং জায়তে তস্মাৎ তস্য শব্দগুণং বিদুঃ ॥ ৭৫**

হায়রিবা যুগ মরিগী অপনবা চহি মশিং অসিগী মশিং লীশিং তরা নিথোইহনা লাইগী যুগ অমা ওই হায়রবদি মীওইবগী সত্যযুগতা ওইবা চহি মশী অমগা শরুক লীশিং তরানিথোই লৌরবদি মতুনা লাইগী সত্যযুগ ওই অদুগা মীগী ত্রেতাদা ওইবা মতমগী চাং অতুগী শরুক লীশিং তরানিথোই লৌরগনা লাইগী ত্রেতা যুগনি, দ্বাপর অমসুং কলগাসু নিযম তাসিনি ॥ ৭১ ॥

অসিগুম্না লাইগী যুগ লীশিং অমনা ব্রহ্মাগী নোংমা ওই অমসুং অসিগুমগুনা অহিং অমদসু মাগীদি মচাং অসিনি ॥ ৭২ ॥

লাইগী যুগ লীশিং অমা লেইবগা ব্রহ্মাগী নোংমা ওইবা অমসুং অদুগুম্না মতমনা মাগী অহিংগী মচাংসু ওইবা অসিগুম্বা অহিং কুংথিলগী মচাং অসি খঙবা মীওইশিং অদুবু "অহোরাত্রবেত্তা" (অহিং কুংথিল খঙবা) কোই ॥ ৭৩ ॥

ব্রহ্মানা হায়রিবা মাগী অহিং কুংথিল অসিগী লোইবদা ইশিং শিনা তুম্লম্মদগী হৌগৎলকই অমসুং হৌরাউ হৌরাউনা সদসদাত্মক ওইবা মপূরিঙ্বু সৃষ্টিগা (শেম্না শাবগী) থবক্তা শীজিন্নরকলে ॥ ৭৪ ॥

পরমপুরুষ ভগবাননা তৌইবগ শেমগে হায়না নিঙ্লবদা পূরিঙ্না সৃষ্টি তৌবা হৌবকই অমসুং অদুগুম্বা পূরিঙ্ অদুদগী (মহত্তত্ত্ব বুদ্ধিতত্ত্ব) মথং মথৎ আকাশ (অহাঙ্বগী শরুক)

**আকাশাত্তু বিকুর্ব্বাণাৎ সর্ব্বগন্ধবহঃ শুচিঃ।**
**বলবান্ জায়তে বায়ুঃ স বৈ স্পর্শগুণো মতঃ॥ ৭৬**
**বায়োরপি বিকুর্ব্বাণাদ্ বিরোচিষ্ণু তমোনুদম্।**
**জ্যোতিরুৎপদ্যতে ভাস্বৎ তদ্রূপগুণমুচ্যতে॥ ৭৭**
**জ্যোতিষশ্চ বিকুর্ব্বাণাদাপো রসগুণাঃ স্মৃতাঃ।**
**অদ্ভ্যো গন্ধগুণা ভূমিরিত্যেষা সৃষ্টিরাদিতঃ॥ ৭৮**
**যৎ প্রাগ্ দ্বাদশসাহস্রমুদিতং দৈবিকং যুগম্।**
**তদেকসপ্ততিগুণং মন্বন্তরমিহোচ্যতে॥ ৭৯॥**

পোক্লকই। পণ্ডিতশিংনা শব্দ (মখোল) বু হায়রিবা আকাশ অসিগী মগুণনি হায়নৈ॥ ৭৫॥

মশক ওল্লক্লবা অসিগুম্বা আকাশ অসিদগী মপাংগন কল্লবা অমদি মনম পূম্নমকপ্পু পুবা শেংলবা নুংশিং থোক্লকই। হায়রিবা নুংশিং অসিগী মগুণদি শোকপ-খঙ্বনি (অইং অশা খঙ্বা) হায়না পণ্ডিতশিংনা হায়নৈ॥ ৭৬॥

মশক ওল্লকপা নুংশিংবী শক্তমদগী অমম্বা মাঙ্হনবা—পোৎ পূম্নমকপু ফোংদোবকপা মঙাল চেনবা মৈ থোবকই। হায়রিবা মৈ অসিগী মগুণনা রূপনি। (রূপ = ভাস্বৎ ওইবা হায়বদি মশাম্বু ঙানবা অতোপ্পা পোৎপুম্নু উইহনবা অমম্বা মাঙ্হনবা)॥ ৭৭

অসিগুম্বা মৈ অসিনা মশক ওল্লক্তনা ঈশিং ওইবকই, ঈশিংগী গুণদি রস (মহাউ) নি। অসিগুম্বা ঈশিং অসিদগী নুংশিবা মনম চেনবী লৈপাকলৈমা (পৃথিবী) অসি পোক্লকখি। মহাপ্রলয় লোইববদা অমদি সৃষ্টিগীনা অহৌবদা ওইবা পঞ্চভূতকী হৌবকপা মথং মন উদি হায়বিবসিনি॥ ৭৮॥

হাননা হায়খ্রবা লাইগী যগ—চহি ১২,০০০ (লিশীং ১২) গী মচাং অতুগী শরুক ৭না ওইবা মতমগী মচাং তাক্লনা হায়বদি লাইগী চহিদা লক্ষ নিপান লীশীং য়াঙ্খে নিথোই (৮,৭০০০০) না মনু অমমমগী পানবা মতমগী মচাং লোইশিল্লি॥ ৭৯॥

মন্বন্তরাণ্যসঙ্খ্যানি সর্গঃ সংহার এব চ।
ক্রীড়ন্নিবৈতৎ কুরুতে পরমেষ্ঠী পুনঃ পুনঃ ॥ ৮০
চতুষ্পাৎ সকলো ধর্ম্মঃ সত্যঞ্চৈব কৃতে যুগে।
নাধর্ম্মেণাগমঃ কশ্চিন্মনুষ্যান্ প্রতিবর্ত্ততে ॥ ৮১
ইতরেষ্বাগমাদ্ধর্ম্মঃ পাদশস্ত্ববরোপিতঃ।
চৌরিকানৃতমায়াভির্ধর্ম্মশ্চাপৈতি পাদশঃ ॥ ৮২
অরোগাঃ সর্ব্বসিদ্ধার্থাশ্চতুর্ব্বর্ষশতায়ুষঃ।
কৃতে ত্রেতাদিষু হ্যেষামায়ুর্হ্রসতি পাদশঃ ॥ ৮৩

অস্লুম তৌনা মশী লাকঙমদনা মন্ব কযা কযাগী মতম লোই-থ্রবনি, মশী লাবঙমদন মন্দদা কযাবক হন্না তাইবঙ পানববু স্নষ্টি তৌঙনা অমক মমুকস্ পাগ তৌথ্রবনি—অস্নুম তৌনা পরমেষ্ঠী ( তাইবঙ পুনোক ওইবা ) ব্রহ্মানা শান্নবগুন্না কবিস্ন নৈতবা মতৌনা ইবায থবাগ লাযনা পৃন্নমক তাসিবু অওৎ অথম নৈতনা হন্না হন্না পাঙগোনলি ॥ ৮০ ॥

সত্যযুগতদি ধর্ম্ম প্যাগম্বী মশক বাত্তনা শুনা নৈ—অচম্বা হায বত্থ মসিদদি মপ্প নানা নৈ। অধর্ম্ম তৌনা লন অমদি মহৈ তানবা সত্যযুগতদি নৈতে ॥ ৮১ ॥

ত্রেতা, দ্বাপর অমস্ত কলিযুগতদি অধর্ম্মনা লন অমসুং মহৈ তানবা য়াওবনা ধর্ম্মগী মখোঙ অমনম মথ, মথং তেকশিল্লকই। ফুবা চৌথা, চুমদবা অমসু তৌনব তৌথুপ শাজৎনা অস্নুম অস্নুম কনথংলকপনা ধর্ম্মগা থবব মথৈস্নু মখোঙ অমমম অস্নুম তেক শিল্লকই ॥ ৮২ ॥

সত্যযুগতা পোকপা মী মখৈদি মশাদা তাঙ্গেন লায়চেন্দে ( নাবা খঙদে ), নিঙ্থম ২ থুই, চহি ৪০০ না মথোয়গী পুন্সীনি, অদুগা ত্রেতানচিংবা যুগ শাগমদাদা তাইবঙ মীগী পুন্সী অস্নুম হন্থ-রক্কনা পাদ অমমম হাযদি চহি ১০০। ১০০ মখা মথানা হন্থরকই ॥ ৮৩ ॥

**বেদোক্তমায়ুর্মর্ত্ত্যানামাশিষশ্চৈব কর্ম্মণাম্ ।**
**ফলন্ত্যনুযুগং লোকে প্রভাবশ্চ শরীরিণাম্ ॥ ৮৪**
**অন্যে কৃতযুগে ধর্ম্মাস্ত্রেতায়াং দ্বাপরেঽপরে ।**
**অন্যে কলিযুগে নৃণাং যুগহ্রাসানুরূপতঃ ॥ ৮৫**
**তপঃ পরং কৃতযুগে ত্রেতায়াং জ্ঞানমুচ্যতে ।**
**দ্বাপরে যজ্ঞমেবাহুর্দানমেকং কলৌ যুগে ॥ ৮৬**
**সর্ব্বস্যাস্য তু সর্গস্য গুপ্ত্যর্থং স মহাদ্যুতিঃ ।**
**মুখবাহূরুপজ্জানাং পৃথক্ কর্ম্মাণ্যকল্পয়ৎ ॥ ৮৭**
**অধ্যাপনমধ্যয়নং যজনং যাজনং তথা ।**
**দানং প্রতিগ্রহঞ্চৈব ব্রাহ্মণানামকল্পয়ৎ ॥ ৮৮**

---

হকচাং নাইরিবা ( মশক পাল্লিবা ) জীবশিংগী শাস্ত্রনা লেপ্পা পুন্সী ফংবা, মানা মানা তৌজবা থবক্কী মহে ফংনবা অতুগা অমগা অমগা হুংশিনবা হুংশিনদবনচিংবগী খোওঙ্ পূন্নমক যুগকী মতুংইন্না ইন্না থোক্লকই ॥ ৮৪ ॥

সত্যযুগতনা ধর্ম্মগী মশক অমনি অতুগুমতনা ত্রেতাদসু অতোপ্পা মশক অমনি, দ্বাপরগীসু অতুগা কলিগীসু মওঙ্ অতুগুন্না তোঙান তোঙান্নবা মশক অমমমনি । মওঙ্ অসুন্না যুগনা মযেং তাশিল্লকপা মতুংইন্না ধর্ম্মগী শক্তমসু মথং মথং ওল্লকই ॥ ৮৫ ॥

সত্যদনা তপ তৌবনা অথোইবা ধর্ম্মনি, ত্রেতাদনা জ্ঞান-তনা অথোইবনি, দ্বাপরদনা যজ্ঞনা অথোইবনি অতুগা কলিগীনা দান তৌবনা অথোইবা ধর্ম্মনি ॥ ৮৬ ॥

অসিগুম্বা সৃষ্টি পূন্নমক অসিবু ঙাকপিনবগীদমক মঙাল মশা চাউরবা ব্রহ্মানা মচীন, মপাম্বোম, মফৈগন অমসুং মখোঙ্দগী থোকখিবা বর্ণ মরিমক্কী ওইনা মাগী মাগী বর্ণনা তৌফম থোকপা মথৌ-মশিন পূন্নমক লেপথোকপিরকলে ॥ ৮৭ ॥

বেদ তম্বী-তাকপি তৌবা, বেদ তম্বা, যজ্ঞ তৌবা যজমান

প্রজানাং রক্ষণং দানমিজ্যাধ্যয়নমেবচ।
বিষয়েষ্বপ্রসক্তিশ্চ ক্ষত্রিয়স্য সমাসতঃ ॥ ৮৯
পশূনাং রক্ষণং দানমিজ্যাধ্যয়ন মেব চ।
বণিক্‌পথং কুসীদঞ্চ বৈশ্যস্য কৃষিমেব চ ॥ ৯০
একমেব তু শূদ্রস্য প্রভুঃ কর্ম্ম সমাদিশৎ।
এতেষামেব বর্ণানাং শুশ্রূষামনসূয়য়া ॥ ৯১
উর্দ্ধং নাভের্মেধ্যতরঃ পুরুষঃ পরিকীর্ত্তিতঃ।
তস্মান্মেধ্যতমং ত্বস্য মুখমুক্তং স্বয়ম্ভুবা ॥ ৯২
উত্তমাঙ্গোদ্ভবাজ্জ্যৈষ্ঠ্যাদ্ ব্রহ্মণশ্চৈব ধারণাৎ।
সর্ব্বস্যৈবাস্য সর্গস্য ধর্ম্মতো ব্রাহ্মণঃ প্রভুঃ ॥ ৯৩

---

চাবা, দান তৌবা অমদি দান লৌবা—থবক মথল ৬ অসিবু মহাক্না ব্রাহ্মণগীদমক ওইনা যাংপিরে ॥ ৮৮ ॥

প্রজাবু যোকপা থাকপা, দান তৌবা, যজ্ঞ তৌবা, বেদ তমশিনবা, বিষয় ভোগ তৌনিঙবা থাদোকপা—থবকশিং অসিবুনা শম্লপা ক্ষেত্রিশিংগী ওইনা লেপ্লিরে ॥ ৮৯ ॥

শা-শঙ্গ যোকপা, দান তমস্থ যজ্ঞ তৌবা, মহৈ-মশিন তম্বা, লল্লোনবা, লন চ লেংহনবা পূথোক পূশিন তৌবা, লৌউ শী উবা অসিনচিংবকনা মহাক্না বৈশ্যশিংগীদমক ওইনা লেপলে ॥ ৯০

( মথক্তা হায়বিনা ) ব্রাহ্মণনচিংনা বর্ণ অহুমগী অসিগী দোষ গুণগী মবমদা ববিস্থ খল্লনা তৌদনা মপক্না চিংনবা লন্না মখোযগী সেবা তৌবতনা শূদ্রশিংগী অথোইবা ধর্ম্মনি হায়বসিস্থ ব্রহ্মানা তাকপীরে ॥ ৯১ ॥

নিপা হায়বসিগীদি মখাংদগীনা মনোক কাওবা মশা পূম্নমক পূমশেং শেংই, মতগী মথ দা খায়দোগী মথক থবা শক্লক্না অমুক হেন্না শেংই অতগা মাযগী শক্লগা অতদগীস্থ অমক্না তন্না শেংই—মসিস্থ ব্রহ্মা মশামন্না হায়খিবনি ॥ ৯২ ॥

ব্রহ্মাগী শেংলবা মুখদগী ব্রাহ্মণ পোকখি, ব্রাহ্মণনা বর্ণশিংগী

তং হি স্বয়ম্ভুঃ স্বাদাস্যাত্তপস্তপ্ত্বাদিতোঽসৃজৎ।
হব্যকব্যাভিবাহ্যায় সর্ব্বস্যাস্য চ গুপ্তয়ে॥ ৯৪
যস্যাস্যেন সদাশ্নন্তি হব্যানি ত্রিদিবৌকসঃ।
কব্যানি চৈব পিতরঃ কিম্ভূতমধিকং ততঃ॥ ৯৫
ভূতানাং প্রাণিনঃ শ্রেষ্ঠাঃ প্রাণিনাং বুদ্ধিজীবিনঃ।
বুদ্ধিমৎসু নরাঃ শ্রেষ্ঠা নরেষু ব্রাহ্মণাঃ স্মৃতাঃ॥ ৯৬
ব্রাহ্মণেষু তু বিদ্বাংসো বিদ্বৎসু কৃতবুদ্ধয়ঃ।
কৃতবুদ্ধিষু কর্ত্তারঃ কর্ত্তৃষু ব্রহ্মবেদিনঃ॥ ৯৭

---

অহানবনি অমদি ব্রাহ্মণনা বেদ ধারণ তৌবা ( হৈবা ) ভস্মী হায়রুনা মহাক্না ( ব্রাহ্মণনা ) সৃষ্টি পূন্নমক অসিগী ধর্ম্মগী রায়েন থৌদা মপুনি ॥ ৯৩ ॥

দেবলোক, অমসুং পিতৃলোকতা হব্য কব্য পুহন্নবগীদমক অমদি তাইবঙ্পানবা পূন্নমকপু ঙাকহন্নবগীদমক স্বয়ম্ভু ব্রহ্মানা তপ তৌদুনা মশাগী মচীন্দগী অস্তুম তোনা ব্রাহ্মণবু অহানবমক্তদা পুথোকখি ॥ ৯৪ ॥

স্বর্গগী লাইশিংনা হবিগী পোৎ পূন্নমক মতম লৈবা খিবিক্তা মাগী মচীন্দগী চানরিবা অদুগা পিতৃশিংনা শ্রাদ্ধনচিংবদা কৎলকপা চাক-নচিংবা পূন্নমক মাগী মচীন্না থোঙ্ওইনা লৌনরিবা অদুগুম্বা ব্রাহ্মণ অদুদগী থোইগৎপদি সংসার অসিদা কনাবু লৈবগে? ॥ ৯৫ ॥

সৃষ্টিগী মনুং চল্লিবা পোৎ পূন্নমক্কী মরক্তা থরায় পানবশিংনা অথোইবনি; থরায় পানবশিংগী মরক্তনা রাখল খনবা ভস্বশিংনা অথোইবনি, রাখল খনবশিংগী মরক্তগী থোইদোক হেন্দোক্না খল-হৈবা মরম্না মী-ওইবনা অথোইবনি অদুগা মীওইবশিংগী মরক্তা অমুক তপ ( লাইনিঙ্-লাইশোন্নচিংবা অমদি অকনবা ব্রতনচিংবা তৌবা ) তৌবগী মগুণনা মতীক মগুণ হেলহল্লবা অদুগুম্বা ব্রাহ্মণনা অথোইবনি ॥ ৯৬ ॥

**উৎপত্তিরেব বিপ্রস্য মূর্ত্তির্ধর্ম্মস্য শাশ্বতী।**
**সহি ধর্ম্মার্থমুৎপন্নো ব্রহ্মভূয়ায় কল্পতে ॥ ৯৮**
**ব্রাহ্মণো জায়মানো হি পৃথিব্যামধিজায়তে।**
**ঈশ্বরঃ সর্ব্বভূতানাং ধর্ম্মকোষস্য গুপ্তয়ে ॥ ৯৯**
**সর্ব্বং স্বং ব্রাহ্মণস্যেদং যৎকিঞ্চিজ্জগতীগতম্।**
**শ্রৈষ্ঠ্যেনাভিজনেনেদং সর্ব্বং বৈ ব্রাহ্মণোঽর্হতি ॥ ১০০**
**স্বমেব ব্রাহ্মণো ভুঙ্‌ক্তে স্বং বস্তে স্বং দদাতি চ।**
**আনৃশংস্যাদ্ ব্রাহ্মণস্য ভুঞ্জতে হীতরে জনাঃ ॥ ১০১**

---

ব্রাহ্মণশিংগী মনক্তা লাইনিক হেবনা অথোইবনি, লাইরিক হৈবশিংগী মনক্তা শাস্ত্রনা হায়বা যাবা মথৌ ওইনবা মখোয় অতুনা অথোইবনি, অসুম লৌনাশ্রনা হায়বা থৌব (কৃতবুদ্ধি ওইবা) মীওইশিংদগী মখো খড়না পাউথোকশিনা অথোইবনি, মখোয় অসিদগীসু অমুক ব্রহ্ম খঙবনা অথোইবনি ॥ ৯৭ ॥

ব্রাহ্মণগী মশাদি পোকপদগী হেক্তমক ধর্ম্মগী মশাক ওইনা অমাঙ অতা লৈত্রবনি। অসুম্না ধর্ম্মগীদমক্তা পোকরুবা ব্রাহ্মণ অসিনা ব্রহ্মবু লায়না, যাবা ঙম্মী ॥ ৯৮

ব্রাহ্মণদি হেক পোকপগা পৃথিবী অসিদা অথোইবা অতম্মক ওইবকই, অদুগা ধর্ম্ম থিবীকপু ঙাকপদগী থবায পানবা পুন্নমক্কী মপুনি হাযনা লেপনৈ ॥ ৯৯

পৃথিবীদা লৈবিবা লনথুম পুন্নমক অসি ব্রাহ্মণগী মরল্লাহলনগী অন্ধানি, অদুগা পোকফম ফবনা মকম ওইতুনা ব্রাহ্মণনা অম্ভাইবনি অমদি মতুনা মকম ওইতুনা লন-থুম পুন্নমক লৌবা যাবগী মতিক চাবা পাত্রনি ॥ ১০০ ॥

ব্রাহ্মণনা চারিবা, শেংলিবা, পীনিবা পুন্নমক অতুনা মীগী মপোৎমক ওইববসু মরম্লাই মপোৎকুম্মী; মনমদি ব্রাহ্মণতগী থৌজান্না অতোপ্পা মীওই পুন্নমক্না চাবা-থকপনচিংবা তৌনরিবনি ॥ ১০১ ॥

তস্য কর্ম্মবিবেকার্থং শেষাণামনুপূর্ব্বশঃ।
স্বায়ম্ভুবো মনুর্ধীমানিদং শাস্ত্রমকল্পয়ৎ ॥ ১০২ ॥
বিদুষা ব্রাহ্মণেনেদমধ্যেতব্যং প্রযত্নতঃ।
শিষ্যেভ্যশ্চ প্রবক্তব্যং সম্যঙ্‌নান্যেন কেনচিৎ ॥ ১০৩
ইদং শাস্ত্রমধীয়ানো ব্রাহ্মণঃ শংসিতব্রতঃ।
মনোবাগ্‌দেহজৈর্নিত্যং কর্ম্মদোষৈর্ন লিপ্যতে ॥ ১০৪
পুনাতি পঙ্‌ক্তিং বংশ্যাংশ্চ সপ্ত সপ্ত পরাবরান্।
পৃথিবীমপি চৈবেমাং কৃৎস্নামেকোঽপি সোঽর্হতি ॥ ১০৫
ইদং স্বস্ত্যয়নং শ্রেষ্ঠমিদং বুদ্ধিবিবর্দ্ধনম্।
ইদং যশস্যমায়ুষ্যমিদং নিঃশ্রেয়সং পরম্ ॥ ১০৬

ব্রাহ্মণ অমদি অতৈ অতোপ্পা বর্ণশিংগী মথং মনাউ নাইনা মাগী মাগী তৌফম থোকপা থোক্কবা নিযম অদু তাক্লবগীদমক্তা শিংলবা স্বায়ম্ভুব কৌবা মনুনা অসিগুম্বা ধর্ম্ম শাস্ত্র অসি লেংবীখি ॥ ১০২ ॥

মহৈ হৈববা ব্রাহ্মণশিংনা অসিগুম্বা ধর্ম্ম শাস্ত্র অসিবু চেকশিন্না তমগদবা ওই অমসুং শিষ্যশিংদসু নিঙ্‌থিনা তমহনগদবা ওই, বর্ণ অতৈনদি মসি তম্বগী অধিকার লৈতে ॥ ১০৩ ॥

শাস্ত্র অসিবু নিঙ্‌থিনা খঙ্‌লবদি ব্রাহ্মণশিংনা যম নিয়মনচিংবা ব্রত তৌবনা মরম ওইদুনা পূক্নিঙ্‌না, রাহৈনা অমদি হকচাংনা তৌবা পাপ অমত্তনসু মহাকপু মকাশিলহনবা ঙমদে ॥ ১০৪

অসুম তৌনা পঙক্তি ( শাগৈ নাতৈ ঙাই-শেন্নচিংবা ময়াম ) বু শেংহনবা, মপা-মপুনচিংবা মথক্কী পুরোন তরেৎ অদুগা মচা-মশূনচিংবা মখাগী মীবোল তরেৎ-পুসু শেংহনবা অদুগা মশামকসু অশেংবা অমা ওইবা অদুগুম্বা মহাক অদুতদ পৃথিবী পুম্বসি লোইনবা কথোকপা য়াই ॥ ১০৫ ॥

অসিগুম্বা ধর্ম্ম শাস্ত্র অসি তম্বদি অপোইবা স্বস্ত্যয়ন ( মঙ্গল ) গী মশক্নি, মসিনা বুদ্ধি লৌশিং হেনহন্নবা পাম্বৈনি, মিংচৎ অমদি

**অস্মিন্ ধর্ম্মোঽখিলেনোক্তো গুণদোষৌ চ কর্ম্মণাম্।**
**চতুর্ণামপি বর্ণানামাচারশ্চৈব শাশ্বতঃ ॥ ১০৭**
**আচারঃ পরমোধর্ম্মঃ শ্রুত্যুক্তঃ স্মার্ত্ত এব চ।**
**তস্মাদস্মিন্ সদাযুক্তো নিত্যংস্যাদাত্মবান্ দ্বিজঃ ॥ ১০৮**
**আচারাদ্বিচ্যুতো বিপ্রো ন বেদফলমশ্নুতে।**
**আচারেণ তু সংযুক্তঃ সম্পূর্ণফলভাগ্ ভবেৎ ॥ ১০৯**
**এবমাচারতো দৃষ্ট্বা ধর্ম্মস্য মুনয়ো গতিম্।**
**সর্ব্বস্য তপসো মূলমাচারং জগৃহুঃ পরম্ ॥ ১১০**

পুন্সী হেলহল্লি অমসুং মসিতনা খ্বায়দগী হেন্না য়াইফবা ফংহন্নবা মরম ওই ॥ ১০৬ ॥

অসিগুম্বা শাস্ত্র অসিদা ধর্ম্ম পূম্নমক্কী রা হায়রি, কর্ম্ম ( থবক ) পূম্নমক্কী অফ-ফত্তগী মরম তাকলি অহুগা বণ মরিমক্কী মরু ওইবা লোনচৎ নল্লগা মনাৎ ( আচার ) হায়রি ॥ ১০৭

হৌন লোনচৎ নল্লগা মনাৎ ঙাক্না চৎপনা অথোইবা ধর্ম্মনি, মসি শ্রুতি স্মৃতি অনিমক্না হায় ; মরম অদুনা আত্মজ্ঞান লৈরবা ( মশাগী মশক মুন্না খঙ্লবা ) ব্রাহ্মণশিংনা মতম পূম্নমক্তা মাগী মনাৎ থাদোক্লোইদবনি ॥ ১০৮ ॥

আচার ভ্রষ্ট ওইরবা (লৌচৎ-শাজৎ কায়রবা) ব্রাহ্মণদি বেদগী মহে চাবা য়াদ্রে ; থোইদোক্নদি হোনবী মনাৎ নিঙ্থিনা ঙাক্তুনা বেদনা হায়বা থবক তৌদুনা লৈরবদি মহাক্না মপুংফানা মহে চাজবা য়াই ॥ ১০৯ ॥

( মানা মাগী মাগী বর্ণগী মতুং ইনবা মনাৎ অদু কায়দনা চৎলবদি ) মনাৎ অদুদগী অদুম্মক ধর্ম্ম ফংজনকই হায়বসি উদুনা মুনিশিংনা মী মীগী মনাৎপু লাইনিঙ্ পূম্নমক্কী অহানবা হৌকম ওইনা লৌদুনা মহুবু ( আচার ) খ্বায়দগী থোইদোকপনি হায়না লৌরমী ॥ ১১০ ॥

জগতশ্চ সমুৎপত্তিং সংস্কারবিধিমেব চ।
ব্রতচর্য্যোপচারঞ্চ স্নানস্য চ পরং বিধিম্॥ ১১১
দারাধিগমনঞ্চৈব বিবাহানাঞ্চ লক্ষণম্।
মহাযজ্ঞবিধানঞ্চ শ্রাদ্ধকল্পঞ্চ শাশ্বতম্॥ ১১২
বৃত্তীনাং লক্ষণঞ্চৈব স্নাতকস্য ব্রতানি চ।
ভক্ষ্যাভক্ষ্যঞ্চ শৌচঞ্চ দ্রব্যাণাং শুদ্ধিমেব চ। ১১৩
স্ত্রীধর্ম্মযোগং তাপস্যং মোক্ষং সন্ন্যাসমেব চ।
রাজ্ঞশ্চ ধর্ম্মমখিলং কার্য্যাণাঞ্চ বিনির্ণয়ম্॥ ১১৪

---

হৌজীক অধ্যায় তরানিথোইনা শাবা মীওইবনা চৎকদবা ধর্ম্ম-শাস্ত্র অসিগী মথং মনাউ লেংলিবা অত্নু হায়রি— ( অহানবা অধ্যায়দা ) তাইবঙ্ শেম্লকপা। ব্রাহ্মণ অমসুং অচার ( মনাৎ ) গী মগুন। ( অনিশুবা অধ্যায়দা ) জাতকর্ম্ম ( মীওইনা পোকপগী তৌবা হৌনবা ) নচিংবা সংস্কারগী মরম, ব্রহ্মচারীনা তৌবা হৌনবা ব্রতগী মরম, গুরুনচিংবদা খুরুম খাজঙ্বা। ( অহুমশুবা অধ্যায়দা ) গুরুগী মনাক্তগী হল্লকপা অমদি স্নান তৌবগী নিয়ম তাকলি ॥ ১১১ ॥

লুহোঙ্বা মখল ৮ গী লক্ষণ, পঞ্চ মহাযজ্ঞগী নিয়ম, হুমিৎ খুদিঙ্গী ওইবা শ্রাদ্ধ নচিংবগী মরম মসিসু অহুমশুবা অধ্যায়দা বর্ণন তৌরি ॥ ১১২।

( মরিশুবা অধ্যায়দা ) জীবিকা (শিনফম) গী লক্ষণ, য়ুম্বানবগী নিয়ম। ( মঙাশুবা অধ্যাযদা ) চহৈবা চাহৈদবা, পোকপা শিবদা ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণশিংগী যুম্মাং-যুমশেংনচিংবগী মরম হায়রি ॥ ১১৩ ॥

নূপীশিংগী ধর্ম্ম তান্নবগী পাম্বৈ—মসিসু মঙাশুবা অধ্যায়দা হায়রি। তরূকশুবা অধ্যায়দনা—বাণপ্রস্থ ধর্ম্ম, যতি ধর্ম্ম অমসুং সন্ন্যাস ধর্ম্মগী মরম ইরি। তবেৎশুবা অধ্যায়দনা রাজধর্ম্মগী মরম অত্নুগা নিপানশুবা অধ্যায়দনা শেল পুথোক পুশিন্নচিংবগী ভত্তু তাকলি ॥ ১১৪ ॥

সাক্ষিপ্রশ্নবিধানঞ্চ ধর্ম্মং স্ত্রীপুংসয়োরপি।
বিভাগধর্ম্মং দ্যূতঞ্চ কণ্টকানঞ্চ শোধনম্॥ ১১৫
বৈশ্যশূদ্রোপচারঞ্চ সঙ্কীর্ণানাঞ্চ সম্ভবম্।
আপদ্ধর্ম্মঞ্চ বর্ণানাং প্রায়শ্চিত্তবিধিং তথা॥ ১১৬
সংসারগমনঞ্চৈব ত্রিবিধং কর্ম্মসম্ভবম্।
নিঃশ্রেয়সং কর্ম্মণাঞ্চ গুণদোষপরীক্ষণম্॥ ১১৭
দেশধর্ম্মান্ জাতিধর্ম্মান্ কুলধর্ম্মাংশ্চ শাশ্বতান্।
পাষণ্ডগণধর্ম্মাংশ্চ শাস্ত্রেঽস্মিন্নুক্তবান্ মনুঃ॥ ১১৮

---

নিপানশুবা অধ্যায়দা সাক্ষীশিংবু রা হ'বগী নিয়মসু য়াওরি। মাপনশুবা অধ্যায়দা নিপা নূপীগী ধর্ম্ম তানবগী মরম অতুগা দায়ভাগ ( লন থুম য়েন্নবা ) গী নিয়ম দ্যূতবিধান ( পোন্থা তৌহ্না শান্নবা ) অমদি হূরান চীন্থীনচিংবগী রায়েন চৈরাক পীনবগী মরম হায়রি ॥ ১১৫ ॥

অধ্যায অসিদা বৈশ্য অমসুং শূদ্রগী মথৌসু হাযরি অতুগা সঙ্কীর্ণ জাতিশিংগী হৌরকফম রাবী অমসুং বর্ণ মরিমক্কী আপদ্ধর্ম্ম ( অরাবা তারবদা তঙাইফদ্রবদা তৌগদবা ) অমদি প্রায়শ্চিত্তকী নিয়মনচিংবনা তরামাথোইশুবা অধ্যায়দা ইবি॥ ১১৬ ॥

অফবা ফত্তবা থবক্কী মহৈদগী ফংলকপা হেন্না ফবা, ময়াম্ন ওইবা অমদি অতোনবা গতিগী মশক লেপ্পা, মোক্ষ ( অরান-খুবম ) ফংনবা উপা'য়, থবক ( কর্ম্ম ) শিংগী দোষ অমদি গুণ ( অফবা ফত্তবা ) লেপ্পা অসিনা তরানিথোইশুবা অধ্যায়দা বর্ণন তৌরি ॥ ১১৭ ॥

দেশধর্ম্ম ( লৈবাক্কী চৎনবী ), জাতিধর্ম্ম ( জাতিগী মনাৎ ), মথাঙ্ মথাঙ্ চৎনরকপা শাগে নাতৈগী চৎনবী ধর্ম্ম অতুগা বেদগী রাংমদা লৈশ্রবা পাষণ্ডীশিংগী ধর্ম্ম—পূম্নমক অসি ভগবান মনুনা ধর্ম্ম শাস্ত্র অসিদা তাকপিরি॥ ১১৮ ॥

যথেদমুক্তবান্ শাস্ত্রং পুরা পৃষ্টো মনুর্ময়া।
তথেদং যূয়মপ্যদ্য মৎসকাশান্নিবোধত ॥ ১১৯
ইতি মানবে ধর্ম্মশাস্ত্রে ভৃগুপ্রোক্তায়াং সংহিতায়াং
প্রথমোহধ্যায়ঃ ॥ ১ ॥

হে মহর্ষি পুন্নমক ! মমাঙৈণ্ডদা ভগবান মনুনা ঐনা হংজবদগী ঐডোন্দা তাকপিখিবা শাস্ত্র অসি মওঙ্ করিসু হোংদনা ঐনা হৃজীক ময়ামদা হায়জরকে তাবীয় ॥ ১১৯ ॥

মানবধর্ম্ম শাস্ত্রগী অহানবা অধ্যায়গী মৈতৈলোনগী অনুবাদ লোইরে।

---

# দ্বিতীয়োহধ্যায়ঃ

বিদ্বদ্ভিঃ সেবিতঃ সদ্ভির্নিত্যমদ্বেষরাগিভিঃ।
হৃদয়েনাভ্যনুজ্ঞাতো যো ধর্ম্মস্তন্নিবোধত ॥ ১
কামাত্মতা ন প্রশস্তা ন চৈবেহাস্ত্যকামতা।
কাম্যো হি বেদাধিগমঃ কর্ম্মযোগশ্চ বৈদিকঃ ॥ ২

অশাউবা য়েংথীবা অপাম্বা শুক্ষৎপা লৈতবা, বেদহৈবা অমদি যাগযজ্ঞনচিংবতদা পূক্নিঙ্ লূপ্পরবা অতুগুম্বা সাধুশিংনা মতম কুইনা চৎনরকপা অমসুং লুনা পান্না তৌনরকপা খঙঙম উঙমদ্রবা মতমদগী হৌনা অসুম চথরক্লিবা,—মাগী অচুম চুমদগী মরমদা থম্মোইত্তনা অথোইবা প্রমাণ ওইনবা অতুগুম্নবা বেদনা-প্রমাণ-তৌবা-অথোইবা সাধনগী-মশক-ওইরবা-ধর্ম্মতত্ব-অদু ময়ামা পূক্নিঙ্ লৈতানা তাবীয় ॥ ১ ॥

কামাত্মা ( অপাম্বনা লাকশিনবা মীওই ) ওইবদি শীংথান-নিঙাই ওইদে, অদুবু অপাম্বা লৈতবা মীওইসু সংসারদা উবা ফংদে।

সঙ্কল্পমূলঃ কামো বৈ যজ্ঞাঃ সঙ্কল্পসম্ভবাঃ।
ব্রতা নিয়মধর্ম্মাশ্চ সর্ব্বে সঙ্কল্পজা স্মৃতাঃ॥ ৩
অকামস্য ক্রিয়া কাচিদ্দৃশ্যতে নেহ কর্হিচিৎ।
যদ্‌যদ্ধি কুরুতে কিঞ্চিৎ তত্তৎ কামস্য চেষ্টিতম্॥ ৪
তেষু সম্যগ্বর্ত্তমানো গচ্ছত্যমরলোকতাম্।
যথাসংকল্পিতাংশ্চেহ সর্ব্বান্ কামান্ সমশ্নুতে। ৫
বেদোঽখিলো ধর্ম্মমূলং স্মৃতিশীলে চ তদ্বিদাম্।
আচারশ্চৈব সাধূনামাত্মনস্তুষ্টিরেবচ। ৬

---

মরমদি বেদবু য়াবা, বেদ তম্বা অতুগা বেদনা হায়বা থবক তৌবা পূন্নমক অসিস্থু পূক্নিঙ্‌গী অপাম্বদগী থোকলিবনি॥ ২॥

'থবক অসিনা ঐগী নিঙ্‌বা থুংলগনি' অসুন্না খনববু 'সঙ্কল্প' কৌই, মসিমক অপাম্বগী হৌফমনি; অসিগুম্নবা অপাম্বা ফংননবা পূক্নিঙ্‌ অসিতনা মাঙ্‌ওইনতনা মীওইবনা যজ্ঞনচিংবা তৌনৈ; ব্রহ্মচর্য্যনচিংবা ব্রত, নিয়ম, ধর্ম্ম পূন্নমক অসি সঙ্কল্পদগী পোকপা মক্তনি॥ ৩॥

সংসার অসিদা অপাম্বা থাদোক্লবা মীনা তৌবা করিগুম্বা থবক অমত্তম্ব উবা লৈতে, মীওইবগী থবক পূন্নমক অপাম্বনা থৌইনশিন ওইনবা ডাক্তনি॥ ৪॥

অকনবা সাধননা মরম ওইতনা করিগুম্বা থবক্কী মহে ( ফল ) ফংনিঙ্‌বা অহু য়াওদনা শাস্ত্রনা হায়বা থবক তৌববদি অরান-খুবম ফংই অতুগা অপাম্ব। পূন্নমকস্থু লায়না ফংবা ঙম্মী॥ ৫॥

বেদ পূন্নমকনে, বেদহৈবশিংগী স্মৃতিনে অতুগা মথোয়গী মশাদা চেঙ্লিবা ব্রহ্মতেজনে, বেদহৈবা শাধুশিংগী আচার (লোনচৎ ব্যবহারনচিংবা) অমদি অফবা থবক তৌরগনা পেঞ্জবা অতুগুম্বা মতৌ অহুনে—পূন্নমক অসিনা ধর্ম্মগী প্রমাণনি হায়না শাস্ত্রনা লৈরম্মী॥ ৬॥

যঃ কশ্চিৎ কস্যচিদ্ধর্ম্মো মনুনা পরিকীর্ত্তিতঃ।
স সর্ব্বোঽভিহিতো বেদে সর্ব্বজ্ঞানময়ো হি সঃ॥ ৭
সর্ব্বন্তু সমবেক্ষ্যেদং নিখিলং জ্ঞানচক্ষুষা।
শ্রুতি প্রামাণ্যতো বিদ্বান্ স্বধর্ম্মে নিবেশেত বৈ। ৮
শ্রুতিস্মৃত্যুদিতং ধর্ম্মমনুতিষ্ঠন্ হি মানবঃ।
ইহ কীর্ত্তিমবাপ্নোতি প্রেত্য চানুত্তমং সুখম্॥ ৯
শ্রুতিস্তু বেদো বিজ্ঞেয়ো ধর্ম্মশাস্ত্রন্তু বৈ স্মৃতিঃ।
তে সর্ব্বার্থেম্বমীমাংস্যে তাভ্যাং ধর্ম্মোহি নির্ব্বভৌ॥ ১০
যোঽবমন্যেত তে মূলে হেতুশাস্ত্রাশ্রয়াদ্দ্বিজঃ।
স সাধুভির্ব্বহিষ্কার্য্যো নাস্তিকো বেদনিন্দকঃ॥ ১১

---

ভগবান মনুদি জ্ঞান পূন্নমকী মশক্নি, মবম অতুনা মহাক্লা হায়খিবা মীওইবগী মাগী মাগী ধর্ম্মগী মশক খবা খবা অদু বেদদমু অদুম্মক মওঙ্ কায়দনা হাযবমক্তনি॥ ৭॥

শাস্ত্র হৈবা মীনা বেদ মীমাংসানচিংবা অয়াম্বা শাস্ত্র খিবীকপু মশাগী জ্ঞানগী মিৎযেংনা যেংদুনা কূপ্পা মুন্না নৈনবগা শ্রুতিনা (মথং মথং তানবকপা ব্লাহৈ—বেদ) হাযবা মতুংইন্না মাগী মাগী ধর্ম্মগী অফবা থবক্তা পূরিঙ্ চঙ্নগদবা ওই॥ ৮॥

মীওইবনা শ্রুতি স্মৃতিনা হাযনা মতুংইন্না ধর্ম্মগী লম্বীদা লেপ্লবদি মীবমলেন অসিদা অফবা মিংচৎ ফংই অদুগা লাইবমলেন্দমু স্বর্গনচিংবা মফমদা থোইদোক্লা নুংঙাইবা হায়বদু ফংলুই॥ ৯॥

বেদবু শ্রুতি অদুগা ধর্ম্ম শাস্ত্রবুনা স্মৃতি হাযনা কোই। হিবম পূন্নমক্তা শাস্ত্র হায়বা অসিদি মাবু বিবোধ তৌবা অদুগুম্বা প্রতিকুল-তর্ক তৌরুবা য়াদে। মসিদি মদুগী ব্লাংমগী পোৎ অমনি মবমদি, ধর্ম্মগী জ্ঞান পূন্নমক অসি শ্রুতি অমদি স্মৃতিদগী ফোঙ্লকপা মক্তনি॥ ১০॥

কনাগুম্বা দ্বিজশিংনা হেতু-শাস্ত্র খিংজিন্দুনা (মরৈ য়েক্তুনা থাজদবা উৎপগা লোয়ননা) ধর্ম্মগী হৌফম ওইবা শ্রুতি-স্মৃতি অসি

বেদঃ স্মৃতিঃ সদাচারঃ স্বস্য চ প্রিয়মাত্মনঃ।
এতচ্চতুর্বিধং প্রাহুঃ সাক্ষাদ্ধর্ম্মস্য লক্ষণম্ ॥ ১২
অর্থকামেম্বসক্তানাং ধর্ম্মজ্ঞানং বিধীয়তে।
ধর্ম্মং জিজ্ঞাসমানানাং প্রমাণং পরমং শ্রুতিঃ ॥ ১৩
শ্রুতিদ্বৈধন্তু যত্র স্যাত্তত্র ধর্ম্মাবুভৌ স্মৃতৌ।
উভাবপি হি তৌ ধর্ম্মৌ সম্যগুক্তৌ মনীষিভিঃ ॥ ১৪
উদিতেঽনুদিতে চৈব সময়াধ্যুষিতে তথা।
সর্ব্বথা বর্ত্ততে যজ্ঞ ইতীয়ং বৈদিকী শ্রুতিঃ ॥ ১৫

---

অসিবু হন্থনা য়েংলবদি অদুগুম্বা বেদনিন্দা তৌবা নাস্তিক অদুবু সাধু ওইবশিংনা থাপ্পা তাম্বোক্তনা মহৈনচিংবা তাকপি তম্বিবোই-দবনি ॥ ১১ ॥

বেদ, স্মৃতি, সদাচাব অমসুং আত্মপ্রসাদ ( অফবা থবক্তা তৌরগা নুংঙাইজবা ওইবা )—মথল মবি অসিবু ধর্ম্মগী অশেংবা মতৌনি হায়না ঋষিশিংনা তাকপিবম্মী ॥ ১২ ॥

অসিগুম্বা ধর্ম্ম অসিদি লন-থুমনচিংবগী মিহৌবা লৈতবা মী-শিংগীদমক্তনি। ধর্ম্মগী মবম খঙ্নিঙবশিংগীদি বেদতনা অথোইবা প্রমাণনি ॥ ১৩ ॥

করিগুম্বা মতমদা শ্রুতিগী বচন অনি থোক্লবদি অনিমক অদু ধর্ম্মগী প্রমাণ মক্তনি হায়না লৌনগনি অসুম হায়না ঋষিশিংনা তাকপিরম্মী ॥ ১৪ ॥

বেদগী শ্রুতিদি অসুম তৌই মহুদি 'নুমিৎ থোকপা মতমদা হোম তৌগনি'—'নুমিৎ থোক্তিঙৈ হাযবদি থরাম্নিচাক্তি তাক শিল্লবা অদুগুম্বা অযুক্তা হোম তৌগনি অমদি নুমিৎ-থরাম্নিচাক অনিমক লৈতবা মতমদা হোম তৌগনি।' হায়রিবা মতমশিং অসি অমগা অমগা বিরুদ্ধ ( খেন্নবা ) ওইনরবসু শ্রুতি খুদিঙমক্তা হায়রবু প্রমাণ ওইনা লৌরগা হায়রিবা মতম পুম্নমক অসিদা অদুম্মক অগ্নি হোত্র যজ্ঞ তৌবা য়াই ॥ ১৫ ॥

নিষেকাদিশ্মশানান্তো মন্ত্রৈর্যস্যোদিতো বিধিঃ।
তস্য শাস্ত্রেঽধিকারোঽস্মিন্ জ্ঞেয়ো নান্যস্য কস্যচিৎ ॥ ১৬
সরস্বতী দৃষদ্বত্যোর্দেবনদ্যোর্যদন্তরম্।
তং দেবনির্ম্মিতং দেশং ব্রহ্মাবর্ত্তং প্রচক্ষতে ॥ ১৭
তস্মিন্ দেশে য আচারঃ পারম্পর্য্যক্রমাগতঃ।
বর্ণানাং সান্তরালানাং স সদাচার উচ্যতে ॥ ১৮
কুরুক্ষেত্রঞ্চ মৎস্যাশ্চ পঞ্চালাঃ শূরসেনকাঃ।
এষ ব্রহ্মর্ষিদেশো বৈ ব্রহ্মাবর্ত্তাদনন্তরঃ ॥ ১৯
এতদ্দেশপ্রসূতস্য সকাশাদগ্রজন্মনঃ।
স্বং স্বং চরিত্রং শিক্ষেরন্ পৃথিব্যাং সর্ব্বমানবাঃ ॥ ২০

মীওইবনা পোক্তুৈে মমাঙ্দা তৌবা গর্ভাধান ( মীরোন্নবা থোরাঙ্) দগী হৌদুনা শিবগা তৌবা হৌনবা অন্ত্যেষ্টিক্রিয়া ফাওবদা শাস্ত্রনা হায়বা বিধান মতুংইন্না তৌদুনা লাকলিবা অদুগুম্বা দ্বিজাতি ( সংস্কার তৌরবা ) শিং অদুতনা অসিগুম্বা মানবধর্ম্ম শাস্ত্র ( মীওই-বনা চৎকদবা লোনচৎ ব্যবহারগী লাইরিক ) অসিবু তম্বা অমদি তাবা তৌগনি, অতৈনদি য়াদে ॥ ১৬ ॥

সরস্বতী অমসুং দৃষদ্বতা হায়বা লাইগী তুরেন অনি অসিগী মরক্তা লৈবা লৈবাক অদুবু 'ব্রহ্মাবর্ত্ত' হাযনা কৌই ॥ ১৭

হায়বিবা 'ব্রহ্মাবর্ত্ত' কোবা লৈবাক অসিদা লৈবা বর্ণ মরি অমসুং সঙ্কীর্ণ জাতিশিংনা মথং মথং কাধদনা মতম পূম্বদা অসুম চথরক্লিবা আচাব অদুবু 'সদাচার' হায়না কৌই ॥ ১৮ ॥

কুরুক্ষেত্র, মৎস্য, কান্যকুব্জ অমসুং মথুরা—লৈবাকশিং অসিবু 'ব্রহ্মর্ষি' দেশ হায়না খঙ্নৈ। ব্রহ্মর্ষি হায়বা লৈবাক অসিনা 'ব্রহ্মাবর্ত্ত' দগী খরা হন্থে ॥ ১৯ ॥

লৈবাকশিং অসিদা হান্ননা পোকখিবা ব্রাহ্মণশিং অদুগী মফম-দগী পৃথিবীগী মী পূম্নমক্না মাগী মাগী আচার ব্যবহার পূম্নমক তমদুনা খঙনগদবনি ॥ ২০ ॥

**হিমবদ্বিন্ধ্যয়োর্মধ্যং যৎ প্রাগ্বিনশনাদপি।**
**প্রত্যগেব প্রয়াগাচ্চ মধ্যদেশঃ প্রকীর্ত্তিতঃ ॥ ২১**
**আসমুদ্রাত্তু বৈ পূর্ব্বাদাসমুদ্রাত্তু পশ্চিমাৎ।**
**তয়োরেবান্তরং গির্য্যোরার্য্যাবর্ত্তং বিদুর্বুধাঃ ॥ ২২**
**কৃষ্ণসারস্তু চরতি মৃগো যত্র স্বভাবতঃ।**
**স জ্ঞেয়ো যজ্ঞিয়ো দেশো ম্লেচ্ছদেশস্ততঃ পরঃ ॥ ২৩**
**এতান্ দ্বিজাতয়ো দেশান্ সংশ্রয়েরন্ প্রযত্নতঃ।**
**শূদ্রস্তু যস্মিন্ কস্মিন্ বা নিবসেদ্‌বৃত্তিকর্শিতঃ ॥ ২৪**
**এষা ধর্ম্মস্য বো যোনিঃ সমাসেন প্রকীর্ত্তিতা।**
**সম্ভবশ্চাস্য সর্ব্বস্য বর্ণধর্ম্মান্ নিবোধত ॥ ২৫**

---

হিমালয় অমসুং বিন্ধ্যগিরি—চিং অনি অসিগী মরক্তা লৈবা 'বিনশন' হায়বা লৈবাক্কী নোংপোক্তা অদুগা প্রয়াগকীদি নোংচুপ্তা লৈবা লৈবাক অদুনা 'মধ্যদেশ' হায়না কৌই। ( সরস্বতী তুরেনগী মাঙখ্রবা লমদমবু 'বিনশন' কৌই ) ॥ ২১ ॥

নোংপোক অমসুং নোংচুপ্তা সমুদ্র ফাওবা অদুগা হিমালয় অমসুং বিন্ধ্যচোংগীনা মরক্তা লৈবা লৈবাক অদুবু পণ্ডিতশিংনা 'অর্য্যাবর্ত্ত' হায়না কৌনৈ ॥ ২২ ॥

কৃষ্ণসার কৌবা শজিনা অকিবা লৈতনা মহৌশাদগী অদুম্মক কোয়চৎ চত্তুনা লৈবা অদুগুম্বা দেশ অদুবু যজ্ঞগী লৈবাক হায়না খঙনৈ অদুগা মতু নত্তবা লম মখৈনা ম্লেচ্ছগী লৈবাকনি হায়না লেপনৈ ॥ ২৩ ॥

দ্বিজাতিশিংদি হায়রিবা অশেংবা দেশশিং অসিদা লৈননবা য়াম্না চেকশিন্না হোৎনগদবনি। শূদ্রশিংদি মথরায় হিংননবগীদমক লৈনিঙবা লৈবাক অমদা হেক্তুমক লৈবা য়াই ॥ ২৪ ॥

মহর্ষি পূন্নমক ! ধর্ম্মগী মরম অমদি তাইবঙপানবা পূন্নমক অসিগী হৌরকপগী মরম পূন্নমক শম্নপ্না নখোয়দা হায়রবসিনি হুজিক্তি—বর্ণধর্ম্ম, আশ্রমধর্ম্ম, বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম, গুণধর্ম্ম অমদি

বৈদিকৈঃ কর্ম্মভিঃ পুণ্যৈর্নিষেকাদির্দ্বিজন্মনাম্।
কার্য্যঃ শরীরসংস্কারঃ পাবনঃ প্রেত্য চেহ চ॥ ২৬
গার্ভৈর্হোমৈর্জাত কর্ম্ম-চৌড়-মৌঞ্জীনিবন্ধনৈঃ।
বৈজিকং গার্ভিকঞ্চৈনো দ্বিজানামপমৃজ্যতে॥ ২৭
স্বাধ্যায়েন ব্রতৈর্হোমৈস্ত্রৈবিদ্যেনেজ্যয়া সুতৈঃ।
মহাযজ্ঞৈশ্চ যজ্ঞৈশ্চ ব্রাহ্মীয়ং ক্রিয়তে তনুঃ॥ ২৮
প্রাঙ্নাভিবর্দ্ধনাৎ পুংসো জাতকর্ম্ম বিধীয়তে।
মন্ত্রবৎ প্রাশনঞ্চাস্য হিরণ্যমধুসর্পিষাম্॥ ২৯

---

নৈমিত্তিক ধর্ম্ম অসিনচিংবা ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ মরিমন্না তৌগদবা ধর্ম্ম পূন্নমক অতু তাবীয়ু ॥ ২৫ ॥

দ্বিজাতিশিংগীদি 'গর্ভাধান' নচিংবা সংস্কার পূন্নমক বেদগী মন্ত্রতনা তৌগদবনি। অসিগুম্না বৈদিক সংস্কার অসিনা চৎলিঙৈ-দসু শিববদসু অশেংবা অফবা ওইহল্লি ॥ ২৬ ॥

গর্ভ লৈবিঙৈগী গর্ভাধাননচিংবা সংস্কার, জাতকর্ম্ম ( পোকপগী তৌবা হোনবা থবক), চূড়াকরণ (মশম বোকপা), অমদি নগুণ থাং-বনচিংবা সংস্কার ( শেংদোকপা ) পূন্নমক অসিনা মীওইবা মপোক্কী মক্ক হুনবা অমদি গর্ভদা লৈবগী পাপ অড মাঙহল্লি ॥ ২৭

বেদ অহুম্মক শুনা তম্না, ব্রহ্মচর্য্যনচিংবা ব্রত তৌবা, অযুক অমসুং য়াচঙবা মতমদা হোম তৌবা, ত্রৈবিদ্যা হায়না কৌবা ব্রত তৌবা, লাইগী, ঋষিগী অমদি ইপা ইপুশিংগী পেন্ননবা তর্পণ তৌবা, য়ুম্পাল্লোন চত্তনা ইচা ইশু পোকপা, ব্রহ্মযজ্ঞনচিংবা পঞ্চ-মহাযজ্ঞ তৌবা অমসুং অগ্নিষ্টোম হায়না কৌবা অতোপ অতোপ্পা যজ্ঞ তৌবা মখোয়শিং অসিনা হকচাংদা লৈনিবা আত্মা অসিবু ব্রহ্ম ফংবদা মতিক চাহল্লি ॥ ২৮ ॥

অঙাংনা হেক পোকপগা খোযরী কক্লিঙৈগী মমাঙদা জাত-

নামধেয়ং দশম্যান্তু দ্বাদশ্যাং বাস্য কারয়েৎ।
পুণ্যে তিথৌ মুহূর্ত্তে বা নক্ষত্রে বা গুণান্বিতে॥ ৩০
মঙ্গল্যং ব্রাহ্মণস্য স্যাৎ ক্ষত্রিয়স্য বলান্বিতম্।
বৈশ্যস্য ধনসংযুক্তং শূদ্রস্য তু জুগুপ্সিতম্॥ ৩১
শর্ম্মবদ্‌ব্রাহ্মণস্য স্যাদ্রাজ্ঞো রক্ষাসমন্বিতম্।
বৈশ্যস্য পুষ্টিসংযুক্তং শূদ্রস্য প্রৈষ্যসংযুতম্। ৩২
স্ত্রীণাং সুখোদ্যমক্রূরং বিস্পষ্টার্থং মনোহরম্।
মঙ্গল্যং দীর্ঘবর্ণান্তমাশীর্ব্বাদাভিধানবৎ॥ ৩৩

---

কর্ম্ম হাযবা সংস্কার অহ্ৰ ে‌ৗগদবনি, মতম অত্তদা মাগী মাগী জাতিগী চৎনবী মন্ত্রনা অঙাং তাদূবু সনা, েঙহী অমদি ঘি পীজগনি।। ২৯।।

পোকপা নুমিত্তগী তৌহ্না নুমিৎ ১১ নত্রগা ১১ নিদা মপানা, পোক্লিবা অঙাং অদগী মমিং থোনবীগনি। মন্থু ওইথোকখিত্রবদি জ্যোতিষ শাস্ত্রনা হাযবা মতুংইন্না অফবা তিথি, অমদি পুংফম ক্ষেনফম যেংত্না অযবা নক্ষত্র অমদি লগ্ননচিংবদা মমিং থোনগদবনি।। ৩০।।

ব্রাহ্মণগীনা মঙ্গল খঙ্‌নবা, ক্ষেত্রিগীনা কনবা থৌবা খঙ্‌নবা, বৈশ্যগীনা ইনাক কৈবাক খুনবা খঙ্‌নবা অত্তগা শূদ্রগীনা অতোনবা খঙ্‌নবা মিং থোনগদবনি।। ৩১।।

ব্রাহ্মণগী মিং মমৈদা শর্ম্মা, ক্ষেত্রিগীনা মমিংগী মমৈদা বর্ম্মনচিংবা বক্ষাদক ওইবা (ঙাকপা শেনবা খঙ্‌নবা) রাহৈ, বৈশ্যগীনা মিংগী মদা ভূতি নত্রগা গুপ্তনচিংবা চাওখৎপা খঙ্‌নবা রাহৈ, অমসুং শূদ্রগীনা মিংগী মমৈদা দাস হায়বনচিংবা অতোনবা খঙ্‌নবা উপাধি অমমম হাপগনি।। ৩২।।

হাযদোকপদা নুংঙাইবা অমদি অর্থ চযেৎনদবা লাযনা হেকমক খঙ্‌নবা, পূন্নিঙ্‌তুবা, মঙ্গলগী মশক ওইবা, দীর্ঘস্বরনা লোয়বা অমদি হায়দোকপদা আশীর্ব্বাদ ওইনা খঙ্‌নবা হায়বদি যশোদা, মঙ্গলা, ভবানী অসিনচিংবনা নূপীগী মমিং থোনবীগদবনি।। ৩৩।।

**চতুর্থে মাসি কর্ত্তব্যং শিশোর্নিষ্ক্রমণং গৃহাৎ।**
**ষষ্ঠেঽন্নপ্রাশনং মাসি যদ্বেষ্টং মঙ্গলং কুলে ॥ ৩৪**
**চূড়াকর্ম্ম দ্বিজাতীনাং সর্ব্বেষামেব ধর্ম্মতঃ।**
**প্রথমেঽব্দে তৃতীয়ে বা কর্ত্তব্যং শ্রুতি চোদনাৎ ॥ ৩৫**
**গর্ভাষ্টমেঽব্দে কুর্ব্বীত ব্রাহ্মণস্যোপনায়নম্।**
**গর্ভাদেকাদশে রাজ্ঞো গর্ভাত্তু দ্বাদশেবিশঃ ॥ ৩৬**
**ব্রহ্মবর্চ্চসকামস্য কার্য্যং বিপ্রস্য পঞ্চমে।**
**রাজ্ঞো বলার্থিনঃ ষষ্ঠে বৈশ্যস্যেহার্থিনোঽষ্টমে ॥ ৩৭**

---

পোকপদগীনা থা মরি শুরবদা মুমিৎ থুকমহন্নবগীদমক অঙাংবু ইমুংদগী মপান্দা পুথোর :পা অদুবু 'নিষ্ক্রমণ' হায়না কৌই। অসুম্না থা তরাক শুবদা অঙাংবু চাকইনবীগনি। নত্রগা মুমিৎ থুরুমহন-বনচিংবা অসি মাগী মাগী চৎনবী মতম মতম অতুদা অতুম্মক তৌ-গনি ॥ ৩৪।

শ্রুতিনা হায়বা মতুংইন্না দ্বিজাতিশিংগীদি পোকপদগী চহি অমা মপূং ফাবদা নত্রগা চহি অহুম শুরকপদা মাগী মাগী চৎন-রকপা মতুংইন্না ধর্ম্ম ঙাক্লবগীদমক চূড়াকরণ ( গর্ভদগী লোয়নরকপা মশম কোকথোকপা ) সংস্কার তৌগনি ॥ ৩৫ ॥

গর্ভগী থা ৯ য়াওনা পোকপদগী চহি ৬ কা থা অহুম শুরগা চহি ৭ থা ৩ ফাওবদা গর্ভাষ্টম কৌবা চহি অতু ওই; হায়রিবা গর্ভাষ্টম অসিদা ব্রাহ্মণশিংদি নগুণ থাংবগী থবক তৌগদবনি। অসিগুম্না ক্ষেত্রিশিংগীনা গর্ভদগী চহি ১১ শুবদা অতুগা বৈশ্যগীনা গর্ভ থানা চহি ১২ শুবদা নগুণ থাংগনি ॥ ৩৬ ॥

বেদ তমহুনা মতুগী অর্থ খঙ্‌লক্লবদা পোক্লকপা তেজ (মঙাল) অদুবু 'ব্রহ্মবর্চ্চস' হায়না কৌই। অতুগুম্বা ব্রহ্মতেজ অদুবু ফংনিঙ্‌বা ব্রাহ্মণ মচাশিংনা গর্ভখানা চহি মঙা শুরকপদা, অকল অথৌশীংদা চন্নিঙ বা ক্ষেত্রিমচা অঙাংশিংনা গর্ভ-থানা চহি তরাক শুবদা অতুগা

আষোড়শাদ্ ব্রাহ্মণস্য সাবিত্রী নাতিবর্ত্ততে।
আদ্বাবিংশাৎ ক্ষত্রবন্ধোরা চতুর্ব্বিংশতের্বিশঃ ॥ ৩৮
অত ঊর্দ্ধং ত্রয়োঽপ্যেতে যথাকালমসংস্কৃতাঃ।
সাবিত্রী-পতিতা ব্রাত্যা ভবন্ত্যার্য্যবিগর্হিতাঃ ॥ ৩৯
নৈতৈরপুতৈর্বিধিবদাপদ্যপি হি কর্হিচিৎ।
ব্রাহ্মান্ যৌনাংশ্চ সম্বন্ধানাচরেদ্ ব্রাহ্মণঃ সহ ॥ ৪০
কার্ষ্ণরৌরব-বাস্তানি চর্ম্মাণি ব্রহ্মচারিণঃ।
বসীরন্নানুপুর্ব্ব্যেণ শাণক্ষৌমাবিকানি চ ॥ ৪১

মরল মথুম চেন্নিঙ বা বৈশ্যগী অঙাংশিংনা গর্ভ যাওনা চহি নিপান শুবদা নগুণ থাংগদবনি ॥ ৩৭ ॥

গর্ভ থানা চহি ১৬ ফাওবা ব্রাহ্মণগী, চহি ২২ না ক্ষেত্রিগী অমসুং চহি ২৪ ফাওবনা বৈশ্য মচাশিংগী নগুণ থাংবা মতম লৈ (সাবিত্রীপতন ওইদ্রি) ॥ ৩৮ ॥

হাযবিবা বর্ণ অহুমক অসিনা মতম মতমশিং অসিনী মনুংদা নগুণ থাংহৌদ্রবদি * সাবিত্রীভ্রষ্ট হাযবত্ ওইখিবনা 'ব্রাত্য' হাযনা খঙনবকই অমসুং আর্য্যাশি গী নিন্দা তৌনফম ওইববই ॥ ৩৯ ॥

অসিগুম্বা ব্রাত্যাশিং অসিদি প্রাযশ্চিত্ত তৌহনা শেংদোকত্রবদি খুদোংচীবরা অবাবা তাববা মতম ফাওবদা ব্রাহ্মণশিংনা মখোযগী যাজন পূজন্নচিংবা তৌবা যাদে, তম্বী তাবপিবস্থু যাদে অমদি মখোয় অহুদা মচা নিঙোন্নচিংবা থাজহনা ঙাই শেন ওইনকুবস্থু য়াদে ॥ ৪০ ॥

ব্রাহ্মণ ব্রহ্মচারীনা শণতন্তু (শৃ, লীমোন্নচিংবা) না শাবা ফি শেৎকনি অহুগা কৃষ্ণসার (ঐখোযনা মসিবু সবেং হাযনৈ) কোবা শক্তীগী মউন্না ইন্ন-ফি ওইনগনি, ক্ষেত্রি ব্রহ্মচারীনা ক্ষৌমবসন (মুগাফি) শেৎকনি অহুগা রুরু (শাজন) কোবা শক্তী মউন

*সাবিত্রী—গাযত্রী

**মৌঞ্জী ত্রিবৃৎ সমা শ্লক্ষ্ণা কার্য্যা বিপ্রস্য মেখলা।**
**ক্ষত্রিয়স্য তু মৌর্ব্বী জ্যা বৈশ্যস্য শণতান্তবী॥ ৪২**
**মুঞ্জালাভেতু কর্ত্তব্যাঃ কুশাশ্মন্তক বল্বজৈঃ।**
**ত্রিবৃতা গ্রন্থিনৈকেন ত্রিভিঃ পঞ্চভিরেব বা॥ ৪৩**
**কার্পাসমুপবীতং স্যাদ্বিপ্রস্যোর্দ্ধবৃতং ত্রিবৃৎ।**
**শণসূত্রময়ং রাজ্ঞো বৈশ্যস্যাবিকসৌত্রিকম্॥ ৪৪**
**ব্রাহ্মণো বৈল্বপালাশৌ ক্ষত্রিয়ো বাটখাদিরৌ।**
**পৈলবোডুম্বরৌ বৈশ্যো দণ্ডানর্হতি ধর্ম্মতঃ॥ ৪৫**

---

ইনগনি অতুগা বৈশ্য ব্রহ্মচারীনা য়াউ মতুনা শাবা ফি শেৎকনি অতুগা হামেঙ্ মউন ইনগনি॥ ৪১॥

ব্রাহ্মণগী মেখলা (খ্বাঙ্লাক) না চাং মান্নবা অমদি অমোনবা লাংগোম (মুঞ্জ) মচা অহুমনা শাগনি, ক্ষেত্রিগীনা লীকং লীরীগুম্বা অকনবা পোৎনা ওইগনি অমসুং বৈশ্যগীনা শূগী লংলা অহুম তিন্দুনা শাবা থৌরীনা ওইগনি॥ ৪২॥

লাংগোমনচিংবা ফংদ্রবদি ব্রাহ্মণনা কুশ মনানা শেম্বা মচা অহুমগী থৌরীনা মেখলা পুনগনি, ক্ষোত্রনা অশ্মন্তক হায়না কৌবা লীগী জাৎ অতুনা শেমগনি অতুগা বৈশ্যগীনা বল্বজ কৌবা (কৌনা-গুম্বা) ঈশিংদা তৌবা মতাং পান্দবা নাপীনা শিনগনি। মাগী মাগী কাংলুপকী চৎনবা মতুং ইন্না মেখলা অসি কিশি অমা, অহুম নত্রগা মঙা শুনা পুনগনি॥ ৪৩॥

ব্রাহ্মণগী নগুণনা লশিং-লংনা, ক্ষত্রিগীনা শূ-গী লংনা, বৈশ্য-গীনা য়াউ মতুনা শেমগনি। নগুণ পুন্নমক—গুণ অহুম্না তিনগনি হায়বদি লংলা ৩। ৩ না শাবা লংলা অতুনা অহুম্নক অমুক তিন্দুনা শেমগনি, কিশি অমা কিগনি অতুগা মতু ওয়গী লেংবান্দা থাংলগা য়েৎকী নাকন্দা থাদরক্কনি॥ ৪৪॥

ব্রাহ্মণ ব্রহ্মচারীনা হৈখাগোক নত্রগা পাংগোংগী চৈগু পায়-গনি, ক্ষেত্রি ব্রহ্মচারীনা বট নত্রগা কবোখজিগী চৈগু ওইগনি,

কেশান্তিকো ব্রাহ্মণস্য দণ্ডঃ কার্য্যঃ প্রমাণতঃ।
ললাটসম্মিতো রাজ্ঞঃ স্যাত্তু নাসান্তিকো বিশঃ॥ ৪৬
ঋজবস্তে তু সর্ব্বে স্যুরব্রণাঃ সৌম্যদর্শনাঃ।
অনুদ্বেগকরা নৃণাং সত্বচো নাগ্নিদূষিতাঃ॥ ৪৭
প্রতিগৃহ্যেপ্সিতং দণ্ডমুপস্থায় চ ভাস্করম্।
প্রদক্ষিণং পরীত্যাগ্নিং চরেদ্‌ভৈক্ষং যথাবিধি। ৪৮
ভবৎপূর্ব্বং চরেদ্ভৈক্ষমুপনীতো দ্বিজোত্তমঃ।
ভবন্মধ্যন্তু রাজন্যো বৈশ্যস্তু ভবদুত্তরম্॥ ৪৯
মাতরং বা স্বসারং বা মাতুর্বা ভগিনীং নিজাম্।
ভিক্ষেত ভিক্ষাং প্রথমং যা চৈনং নাবমানয়েৎ॥ ৫০

---

বৈশ্যগীনা পিলু (হৈখাগোক মানবা মহৈ পানবা উপাল অমা) কৌবা উ নত্রগা হৈবোংগী চৈশু পায়গনি ॥ ৪৫ ॥

ব্রাহ্মণগীনা খোঙ্‌দগী কোকতোন ফাওবা শাংগনি, ক্ষেত্রিগীনা লাইপক ফাওবা অত্থগা বৈশ্যগীনা নাতোন ফাওবা ওইগনি ॥ ৪৬ ॥

চৈশুশিং অসি অচুম্বা, তীল চাদবা (মচেৎ মকায় তাদবা), মৈথাক নত্তবা, মকু য়াওবা, য়েংবদা ফজবা অমসুং পায়বদা পূক্লিঙ্‌দা ময়াই পোকহন্দবা ওইগনি ॥ ৪৭

অসুম তৌনা পূক্লিঙ্‌না পাম্বা চৈশু পায়রগা ব্রহ্মচারীশিংনা নুমিৎপু উপাসনা তৌবা লোইরগা মৈবুসু কোয়রম্লগা হৌনবী মতুং ইন্না ভিক্ষা নিবা চৎকনি ॥ ৪৮

ভিক্ষা নিফম য়ৌরগা ব্রাহ্মণ ব্রহ্মচারীনা 'ভবৎ' হায়বা রাহৈ অসিনা হান্না হায়তুনা হায়বদি 'ভবতি ভিক্ষাং দেহি' অসি হায়তুনা, ক্ষেত্রিনা 'ভবৎ' অসি ময়ায়দা থমতুনা হায়বদি 'ভিক্ষাং ভবতি দেহি' হায়তুনা বৈশ্যনা 'ভবৎ' অসিনা কোন্না হায়তুনা হায়বদি 'ভিক্ষাং দেহি ভবতি' হায়তুনা ভিক্ষা নিগনি ॥ ৪৯ ॥

ব্রহ্মচারীনা অহানবদা মমাগী মফমদগী, মমা লৈত্রগনা মমাগা

**সমাহৃত্য তু তদ্ভৈক্ষ্যং যাবদন্নমমায়য়া।**
**নিবেদ্য গুরবেঽশ্নীয়াদাচম্য প্রাঙ্মুখঃ শুচিঃ ॥ ৫১**
**আয়ুষ্যং প্রাঙ্মুখো ভুঙ্‌ক্তে যশস্যং দক্ষিণামুখঃ।**
**শ্রিয়ং প্রত্যঙ্মুখো ভুঙ্‌ক্তে ঋতং ভুঙ্‌ক্তেহ্যুদঙ্মুখঃ ॥ ৫২**
**উপস্পৃশ্য দ্বিজো নিত্যমন্নমদ্যাৎ সমাহিতঃ।**
**ভুক্ত্বা চোপস্পৃশেৎ সম্যগদ্ভিঃ খানি চ সংস্পৃশেৎ ॥ ৫৩**
**পূজয়েদশনং নিত্যমদ্যাচ্চৈতদকুৎসয়ন্।**
**দৃষ্ট্বা হৃষ্যেৎ প্রসীদেচ্চ প্রতিনন্দেচ্চ সর্ব্বশঃ ॥ ৫৪**

---

পোকমিন্নবা মন্দোন্দগী, মহুমকস্তু লৈত্রবদনা মাবু তথি তথি হায়হুনা লংনবিরমলোইদবী অহুগুম্বী নুপীগী মফমদগী ভিক্ষা তৌগনি ॥ ৫০ ॥

চাবদা কোন্নগদবা চাং অহুদং নিহুনা পুরক্লগা ব্রহ্মচারীনা মহু পুক্লিঙ্‌দা অথুপ্পা লৈতনা গুরুদা কত্তুনা আচমন তৌরগা অমাং-অশোয় লৈহন্দনা ( শেংনা ) মায় নোংপোক ওন্না চাগনি ॥ ৫১ ॥

পুন্সীনিঙ্‌বনা নোংপোক ওন্না, মিংচং পাম্বনা মখা ওন্না, লন পাম্বনা মায় নোংচুপ ওন্না অমসুং সত্য ( ধর্ম্ম ) তানবা মীনা অরাং ওন্না চাগনি ॥ ৫২ ॥

দ্বিজাতিশিংনা ব্রহ্মচারী ওইরিঙৈদা অমসুং ওইদ্রবদা ( মতুং ফাওবা ) হুমিৎ খুদিঙ্‌গী মখোঙ্‌ মখুৎ হামদোক্তুনা মচীন তেং-থোক্তুনা পুক্লিঙ্‌ অনি লোঙ্‌দনা চাবা থকপা তৌগনি। চাবা লোইরগা অসুম্না অমুক আচমন্নচিংবা তৌগনি অমসুং ঈশিংনা মায়থোংদা লৈবা ইন্দ্রিগী ছিদ্র তন্নাকমক শোক্কনি ( মিৎ নাকোঙ্‌ নাতোন ) ॥ ৫৩ ॥

হুমিৎ খুদিঙ্‌গী চারমদাইদা চাক অসিবু থরায় হিংনবগী অমত্তা ঙায়বা পাম্বৈনি হায়না খনগনি অমসুং মদুবু হাওই হাউতে, কৈ ক্ষত্তেনচিংবা হায়বা তৌদনা লুনা তৌহুনা চাগনি। চাক উরগা হরাউহুনা পুক্লিঙ মকা লামগনি অমসুং মতৌ অসুম্না হুমিৎ খুদিঙ্‌-

পূজিতং হ্যশনং নিত্যং বলমূর্জ্জঞ্চ যচ্ছতি।
অপূজিতন্তু তদ্ভুক্তমুভয়ং নাশয়েদিদম্ ॥ ৫৫
নোচ্ছিষ্টং কস্যচিদ্দদ্যান্নাদ্যাচ্চৈব তথান্তরা।
ন চৈবাত্যশনং কুর্য্যান্ন চোচ্ছিষ্টঃ ক্বচিদ্‌ব্রজেৎ ॥ ৫৬
অনারোগ্যমনায়ুষ্যমস্বর্গ্যঞ্চাতিভোজনম্।
অপুণ্যং লোকবিদ্বিষ্টং তস্মাত্তৎ পরিবর্জ্জয়েৎ ॥ ৫৭
ব্রাহ্মেণ বিপ্রস্তীর্থেন নিত্যকালমুপস্পৃশেৎ।
কায়ত্রৈদশিকাভ্যাং বা ন পিত্র্যেণ কদাচন ॥ ৫৮
অঙ্গুষ্ঠমূলস্য তলে ব্রাহ্মং তীর্থং প্রচক্ষতে।
কায়মঙ্গুলিমূলেঽগ্রে দৈবং পিত্র্যং তয়োরধঃ ॥ ৫৯

পী পূজা তৌরবা চাক আস অসুম ফংহুনতা লৈবা ওইসনু হায়না খুকুমগনি ॥ ৫৪ ॥

অসুম তৌনা পূজা কৎলবা চাক চারবদি চাবিবা মী অহুগী মপাংগল মথৌনা ফংই, পূজা তৌদবা চাক চারগনা অনিমক অসি অচাবা মী অহুনা খক খংবা ঙমদে ॥ ৫৫ ॥

কনাদসু লুখাক পীরোইদবনি অমদি অসূক হুমিদাংগী চাকলেন নত্তনা মবক্তা কবিসু চাবোইদবনি ; হেন্না চাশিন-থকচিল্লোইদবনি অহুগা চীন্দা লুখাক তৈনা তৈনা মফম কদাইদসু চৎলোইদবনি ॥ ৫৬ ॥

হেন্না চাবগা লাযনা পোকই, পুন্সী ময়েং ভাই, অমসুং মহু স্বর্গ অমদি ধন্ম অনিমক থিংনবা মবমনি, হেন্না চারগা মীনসু তাথীনৈ। মবম অহুনা খক হেক্তিন্না চাফদে ॥ ৫৭ ॥

ব্রাহ্মণনা ব্রহ্মতীর্থ ( খুৎপী মকুগী মখা ) না নত্রগা প্রজাপতি অমদি দেবতীর্থনা আচমন তৌগনি, পিতৃতীর্থনা কৈদৌউদসু আচমন তৌহৈদে ॥ ৫৮ ॥

খুৎপী মরুগী মখা থংবা শরুকপু 'ব্রাহ্মতীর্থ' কৌই, খুৎনাউবী মরুগী মমিংনা 'প্রজাপতি তীর্থ' ; খুৎচা পুন্নমক্কী মতোনবুনা ( খুৎ

**ত্রিরাচামেদপঃ পূর্ব্বং দ্বিঃপ্রমৃজ্যাত্ততো মুখম্।**
**খানি চৈব স্পৃশেদদ্ভিরাত্মানং শির এব চ॥ ৬০**
**অনুষ্ণাভিরফেনাভিরদ্ভিস্তীর্থেন ধর্ম্মবিৎ।**
**শৌচেপ্সুঃ সর্ব্বদাচামেদেকান্তে প্রাগুদঙ্মুখঃ॥ ৬১**
**হৃদ্গাভিঃ পূয়তে বিপ্রঃ কণ্ঠগাভিস্তু ভূমিপঃ॥**
**বৈশ্যোঽদ্ভিঃ প্রাশিতাভিস্তু শূদ্রঃ স্পৃষ্টাভিরন্ততঃ॥ ৬২**
**উদ্ধৃতে দক্ষিণে পাণাবুপবীত্যুচ্যতে দ্বিজঃ।**
**সব্যে প্রাচীন আবীতী নিবীতী কণ্ঠসজ্জনে॥ ৬৩**

---

মতোন) 'দেবতীর্থ,' অদুগা খুৎপী খুদোম্বীগী কারকপুনা 'পিতৃ-তীর্থ' হায়না কৌই॥ ৫৯॥

আচমন তৌবদা অহানবদা ব্রাহ্মতীর্থনা অহুম্লক হন্না ঈশিং থক্কনি, মথংদা ঈশিং চোৎলবা খুৎপী মক অতুনা চীন্দা উপশিন্দুনা মদূবু অনিরক হন্না শেংদোক্কনি, মথংদা ঈশিংনা মায়দা লৈবা ইন্দ্রি-শিংগী মখুল পূন্নমক, থবাক অমসুং কোক্তা মথং মথং শোক্কনি॥ ৬০॥

তশেং তশেং নিঙবা ধর্ম্ম খঙবশিংনা অটাকপদা নোংপোক নম্রগা অরাং ওন্না ফন্নগা অশাবা নত্তবা অমদি কোঙ্গোলনচিংবা থোক্তবা অদুগুম্বা ঈশিংনা ব্রাহ্মণনচিংবা তীর্থনা আচমন তৌগনি॥ ৬১॥

অসিগুম্বা আচমনগী ঈশিংনা থম্মোই যৌনা চঙ্গ্রগা ব্রাহ্মণগী শেংবা ওই, খৌরী ফাওবা যৌরগনা ক্ষেত্রিগী শেংবা ওই, য়ান্নুংদা চঙবতদনা বৈশ্যগী শেংবা ওই অদুগা লৈয়েঙ অমসুং চীনবাক্তদা শোকপা কোন্নগদবা অংগুম্বা ঈশিংনা আচমন তৌরগা শূদ্রগীনা শেংবা ওই॥ ৬২॥

যজ্ঞসূত্র (নগুণ) নম্রগা ফিনা ওযগী লেংবান্দা য়াম্থরক্লগা য়েৎথংবা শেগ্রাক মখা য়োনা চোম্থরবদি অদুগা য়েৎকী পাম্বোম্না পান্দা লিংথোকহল্লবদি (য়েৎকী শেগা ওম্থরবদি) মতুবু 'উপবীতী'

মেখলামজিনং দণ্ডমুপবীতং কমণ্ডলুম্।
অপ্সু প্রাস্য বিনষ্টানি গৃহ্ণীতান্যানি মন্ত্রবৎ ॥ ৬৪
কেশান্তঃ ষোড়শে বর্ষে ব্রাহ্মণস্য বিধীয়তে।
রাজন্যবন্ধোর্দ্বাবিংশে বৈশ্যস্য দ্ব্যধিকে ততঃ ॥ ৬৫
অমন্ত্রিকা তু কার্য্যেয়ং স্ত্রীণামাবৃদশেষতঃ।
সংস্কারার্থং শরীরস্য যথাকালং যথাক্রমম্। ৬৬
বৈবাহিকোবিধিঃ স্ত্রীণাং সংস্কারো বৈদিকঃ স্মৃতঃ।
পতিসেবা গুরৌবাসো গৃহার্থোঽগ্নি পরিক্রিয়া ॥ ৬৭

---

হায়না কৌই। অসুম্না য়েৎকী লেংবান্দা থাংলগা ওয়গী শেগ্রাক মখা ফাওবা চোম্বনা কারণ লাক্তনা ওইগী পাম্বোম লিংথোকহল্লবদি ( ওয়গী শেগা ওম্বরবদি ) মতুবুনা 'প্রাবীনাবীতী' কৌই। লৈ পরেং শিবগুম্না ভকশমদা য়াম্বরবদি মতুগী নগুণ মথাং অতুবু 'নিবীতী' হায়না কৌই ॥ ৬৩ ॥

মেখলা (খাঙলাক), শবেংনচিংবগী মণ্ডন, চৈগু, নগুণ অমসুং কমণ্ডলু—মখোয় অসি তৎপা কায়বা থোক্লবদি ব্রহ্মচারীনা মখোয় অদুবু ঈশিংদা লংথগ্রগা মন্ত্রনা শেংদোক্লবা অতোপ্পা খাঙলাক্লচিংবা অমুক নৌনা শিনগনি ॥ ৬৪ ॥

গর্ভ থারগা চহি ১৬ শুবদা ব্রাহ্মণগী কেশান্ত সংস্কার ( অরোইবী শমকোক ) তৌগনি, ক্ষেত্রীগীনা গর্ভ থারগা চহি ২২ শুবদা, বৈশ্যগীনা গর্ভ থানা চহি ২৪ দা হায়রিবা সংস্কার অসি তৌহনা শেংদোক্কনি ॥ ৬৫ ॥

নূপীশিংগীদি মখোয়গী মশা অতু শেংদোক্লবগীদমক পোকপগী হৌনবী জাতকর্ম্মনচিংবা সংস্কার মখল অয়াম্বা মন্ত্র য়াওদনা তৌগনি ॥ ৬৬ ॥

বিবাহ সংস্কারতনা ( লুহোঙবতনা ) নূপীগীদি বৈদিক উপনয়ন সংস্কারনি ( নিপাগী নগুণ থাংবা দীক্ষা তৌবগুম্বা—উপনয়ন —অনৌবা মিং অমা অমুক হাপ্পা )। মপুরোয়বগী সেবা তৌবনা

এষ প্রোক্তো দ্বিজাতীনামৌপনায়নিকো বিধিঃ।
উৎপত্তিব্যঞ্জকঃ পুণ্যঃ কর্ম্মযোগং নিবোধত ॥ ৬৮
উপনীয় গুরুঃ শিষ্যং শিক্ষয়েচ্ছৌচমাদিতঃ।
আচারমগ্নিকার্য্যঞ্চ সন্ধ্যোপাসনমেব চ ॥ ৬৯
অধ্যেষ্যমাণস্ত্বাচান্তো যথাশাস্ত্রমুদঙ্মুখঃ।
ব্রহ্মাঞ্জলিকৃতোঽধ্যাপ্যো লঘুবাসা জিতেন্দ্রিয়ঃ ॥ ৭০
ব্রহ্মারম্ভেঽবসানে চ পাদৌ গ্রাহ্যৌ গুরোঃ সদা।
সংহত্য হস্তাবধ্যেয়ং স হি ব্রহ্মাঞ্জলিঃ স্মৃতঃ ॥ ৭১

---

মখোয়গীদি গুরুকূলদা লৈবনি অতুগা ইমুং মচুং কোইবগী থবক্লা অয়ুক হুমিদাংব্রাইবম মৈদা হোম তৌবগী মশক্নি ॥ ৬৭ ॥

ঐনা হায়বিবা দ্বিজাতিশিংগী উপনয়ন বিধি ( নগুণ থাংবা ) অসিনা অনিশুবা মপোক অমা ফংবগুম্বনি অমসুং হেন্দোক থোইদোকপা পুণ্যগী মশক অমনি। হুজিক্তি উপনয়ন তৌরবশিংগী কর্ম্মযোগ ( থবক্কী লম—তৌগদবা মথৌ ) গী মরম তাবীয়ু ॥ ৬৮ ॥

গুরুনা শিষ্যবু উপনয়ন সংস্কাব তৌবীবগা অহানবদা মহাকপু অমাং অশেং ( শৌচগী মবম ), আচমন তৌবনচিংবা আচার, হোমনচিংবা মৈগী থবক অমদি সন্ধ্যা উপাসনা তৌবনচিংবা তম্বীগনি ॥ ৬৯ ॥

শিষ্যনা মচাবু গুরুনা তম্বী তাকপিবা তৌনবগীদমক ফিশেং শেত্তুনা, শাস্ত্রগী নিযমনা হৌনবী আচমন তৌরগা পূক্নিঙ্ লৈতানা অৱাং ওন্না মখূৎ লোন্নতুনা ফমলবদা গুরুনা মাবু তম্বীগনি। ৭০ ॥

অসুম্না বেদ তম্বা হৌদ্রিঙৈদা অমদি লোইরবদা শিষ্যনা মুমিৎ খুদিঙ্গী গুরুগী খোঙ্ অনিমক পায়গনি অতুগা তম্লিঙৈ মতমদনা গুরুগীনাক্তা খূৎ লোন্নতুনা লৈগনি। তমলিঙৈদা অসুম্না খূৎ লোন্নববু 'ব্রাহ্মাঞ্জলি' হায়না কৌই ॥ ৭১ ॥

ব্যত্যস্তপাণিনা কার্য্যমুপ সংগ্রহণং গুরোঃ।
সব্যেন সব্যঃ স্প্রষ্টব্যো দক্ষিণেন চ দক্ষিণঃ॥ ৭২
অধ্যেষ্যমাণন্তু গুরুর্নিত্যকালমতন্দ্রিতঃ।
অধীষ্ব ভো ইতি ব্রূয়াদ্বিরামোঽস্ত্বিতি চারমেৎ॥ ৭৩
ব্রাহ্মণঃ প্রণবং কুর্যাদাদাবন্তে সর্ব্বদা।
স্রবত্যনোঙ্কৃতং পূর্ব্বং পরস্তাচ্চ বিশীর্য্যতি। ৭৪
প্রাক্‌কূলান্ পর্য্যুপাসীনঃ পবিত্রৈশ্চৈব পাবিতঃ।
প্রাণায়ামৈস্ত্রিভিঃ পূতস্তত ওঙ্কারমর্হতি॥ ৭৫

---

লোংথোক্লিবা ওয়গী খূদাং মথক্তা লোংথোকপা য়েংকী খূদাংনা নল্লবদি মদুবু "ব্যত্যস্তপাণি' হায়না কৌই। অসিগুম্বা খূৎ অসিনা গুরুগী খোঙ্ অনিমক পায়গদবনি। য়েংকী লোংথোকপা খূদাংনা লোংথোকপা ওযগী খূদাংমথক্তা নন্দুনা ( কারন চৎনহল্লগা ) য়েংকী খূৎনা গুরুগী য়েংথংবা খোঙ্, অত্তগা ওয়গীনা ওয় পায়গনি॥ ৭২॥

শিষ্যনা তম্বা হৌরক্লবদা পূক্লিঙ্ লৈতানা লৈরবা গুরুনা 'ভোঃ' হায়না হৌত্থনা মহাকপু ভার্কপি তম্বীবা হৌগনি অদ্গা তম্বীবা লোইরবদা "অস্তুম লৈখিসনু' অশুম হায়ত্থনা তম্বীবা লোইশিনগনি॥ ৭৩॥

বেদ ঙৰ্বা হৌবকপদা অমদি লোইরকপদা ব্রাহ্মণশিংনা মতম পুম্নমক্তা প্রণব ( ওঁকার ) উচ্চারণ তৌগনি। হান্নবা প্রণব উচ্চারণ তৌদ্রবদি তম্বগী মহৈ লৈতে অদগা লোইরকপদা তৌদ্রগনা তমখ্রিবা শাস্ত্র অপূম্বা নিঙ্শিংবা ঙমদে॥ ৭৪॥

মায নোংপোক ওন্না কুশগী আসনদা ( ফিদা ) ফমত্থনা খূৎ অনিমক্তা অশেংবা কুশমনা পায়ত্থনা শেংহল্লগা লঘুস্বর তরামঙাবু উচ্চারণ ( শেংনা হায়দোকপা ) তৌবা মতিক চারবদা প্রাণায়াম অহুম্নক তৌত্থনা শেংহল্লবগা ব্রাহ্মণনা প্রণব উচ্চারণ তৌবা য়াবা ওইরকই॥ ৭৫॥

অকারঞ্চাপ্যুকারঞ্চ মকারঞ্চ প্রজাপতিঃ।
বেদত্রয়ান্নিরদুহদ্ভূর্ভুব স্বরিতীতি চ॥ ৭৬
ত্রিভ্য এব তু বেদেভ্যঃ পাদং পাদমদূদুহৎ।
তদিত্যৃচোঽস্যাঃ সাবিত্র্যাঃ পরমেষ্ঠী প্রজাপতিঃ॥ ৭৭
এতদক্ষরমেতাঞ্চ জপন্ ব্যাহৃতিপূর্ব্বিকাম্।
সন্ধ্যয়োর্বেদবিদ্বিপ্রো বেদপুণ্যেন যুজ্যতে॥ ৭৮
সহস্রকৃত্বস্ত্বভ্যস্য বহিরেতত্ত্রিকং দ্বিজঃ।
মহতোঽপ্যেনসো মাসাৎ ত্বচেবাহির্বিমুচ্যতে। ৭৯

---

প্রণবকী শকওঙ্ ওইবা আকার, উকার অমসুং মকার— হায়বা বর্ণ অহুম অসিগা অমসুং ভূঃ, ভুবঃ স্বঃ— হায়বা ব্যাহৃতি অহুম অসি প্রজাপতি ব্রহ্মানা মথংশিংনা ঋক্, যজু অমসুং সামবেদ-দগী লৌখৎপিখি ॥ ৭৬ ॥

পরমেষ্ঠী ( মফম অথোইবদা লৈবা ) ওইবা প্রজাপতিনা বেদ অহুম্মক্তগী 'তৎসবিতুর্ব্বরেণং' অসিনচিংবা গায়ত্রীগী পাদ অহুম অসিসু অমমম ওইনা লৌখৎপিখি ॥ ৭৭ ॥

সন্ধ্যা অনিমক্তা পূক্নিঙ্ লৈতানা হায়রিবা প্রণব অমসুং ব্যাহৃতি অহুম অসিবু উচ্চারণ তৌদুনা গাযত্রী পাদ অহুম অসিবু জব তৌজরবা অহুগুম্বা বেদ খঙবা ব্রাহ্মণ অদুদি বেদ অহুম্মক তম্বগী পুণ্য অদু ফংই ॥ ৭৮ ॥

সন্ধ্যা নত্তবা অতোপ্পা মতমদা খুঙ্গংগী ৱাংমদা, তুরেন মপান্দা অমদি উমংনচিংবা অচিকপা মফমদা প্রণব ব্যাহৃতিনা মাঙ্ওইনবী অসিগুম্বী পাদ অহুম্না তিনবী গায়ত্রী অসিবু থা অমা চুপ্পা হুমিৎ খুদিঙ্গী লীশীং অমমম জব তৌরবা দ্বিজ অদুদি— লিন্না মকু হুদুনা মপোক অমা হোংবগুম মহাকসু থা অমগী মনুংদা অচোবা পাপ পুম্নমক কোকপা ঙম্মী ॥ ৭৯ ॥

এতয়র্চ্চা বিসংযুক্তঃ কালে চ ক্রিয়য়া স্বয়া।
ব্রহ্ম-ক্ষত্রিয়-বিড়্‌যোনির্গর্হণাং যাতি সাধুষু ॥ ৮০
ওঙ্কারপূর্ব্বিকাস্তিস্রো মহাব্যাহৃতয়োঽব্যয়াঃ।
ত্রিপদা চৈব সাবিত্রী বিজ্ঞেয়ং ব্রহ্মণো মুখম্॥ ৮১
যোঽধীতেঽহন্যহন্যেতাং ত্রীণি বর্ষাণ্যতন্দ্রিতঃ।
স ব্রহ্ম পরমভ্যেতি বায়ুভূতঃ খমূর্ত্তিমান্॥ ৮২
একাক্ষরং পরং ব্রহ্ম প্রাণায়ামাঃ পরং তপঃ।
সাবিত্র্যাস্তু পরং নাস্তি মৌনাৎ সত্যং বিশিষ্যতে ॥ ৮৩

---

সাবিত্রীগী মশক ওইবা অসিগুম্বা ঋক অসিদগী লাপথোক্লবা অমদি মতমচানা ধর্ম্মগী ওইবা মথৌ অমত্তুসু পাঙথোক্ত্রবা অহুগুম্বা ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রি, অমদি বৈশ্য দ্বজশিং অংদি সাধু সমাজনা তাথীনৈ ॥ ৮০ ॥

প্রণবনা মাঙ্‌ওইনবী অমাঙ্‌ অতা লৈত্রবী অসিগুম্বী মহাব্যাহৃতি অহুম অমদি পাদ অহুম্না তিনবা গায়ত্রী অসিনা ব্রহ্ম ফংননবা অমত্তা ঙায়বা পাম্বৈনি হায়না খঙ্‌নগনি ॥ ৮১ ॥

অতনবা থাদোক্তুনা নুমিৎ খূদিঙ্‌গী চহি অহুম চূপ্না প্রণব অমসুং ব্যাহৃতিনা তিল্লবী পাদ অহুমগী গায়ত্রী অসিবু ঙম্লিবমথৈ জপ তৌজরবদি মী অদো খ্বায়দগী থোইদোক্লবা ব্রহ্ম ফংবা হায়বহু ওইরকই। মহাক অহু মুংশিংবুম্না য়োনিঙ্‌বদা য়োবা ঙম্লকই অমসুং অহাঙ্‌বা আতিয়া অসিগুম্না নমম খূদিঙ্‌ শীনবা থুংলকই অমসুং করিগুম্বা অমত্তগীসু অপাম্বা লৈরক্তে ॥ ৮২ ॥

ওঁ হায়বা ময়েক অসি মথন্তনা পরম ব্রহ্মগী মশক্তি, প্রাণায়াম অহুম অসিনা অথোইবা তপস্যানি, অহুগা সাবিত্রীদগী হেনবা অথোইবা মন্ত্র অমদি মরৈরেত্র অমহিক্তি—রা ঙাঙ্‌দবদগীদি অচুম্বা ঙাঙ্‌বনা মহেল্লে ॥ ৮৩ ॥

**ক্ষরন্তি সর্ব্বা বৈদিক্যো জুহোতি-যজতি-ক্রিয়াঃ।**
**অক্ষরন্ত্বক্ষরং জ্ঞেয়ং ব্রহ্ম চৈব প্রজাপতিঃ ॥ ৮৪**
**বিধিযজ্ঞাজ্জপযজ্ঞো বিশিষ্টো দশভির্গুণৈঃ।**
**উপাংশুঃ স্যাচ্ছতগুণঃ সহস্রো মানসঃ স্মৃতঃ ॥ ৮৫**
**যে পাকযজ্ঞাশ্চত্বারো বিধিযজ্ঞসমন্বিতাঃ।**
**সর্ব্বে তে জপযজ্ঞস্য কলাং নার্হন্তি ষোড়শীম্ ॥ ৮৬**
**জপ্যেনৈব তু সংসিধ্যেদ্‌ব্রাহ্মণো নাত্র সংশয়ঃ।**
**কুর্য্যাদন্যন্ন বা কুর্য্যান্মৈত্রো ব্রাহ্মণ উচ্যতে ॥ ৮৭**

---

বেদনা হায়বা হোম, যজ্ঞনচিংবা থবক পুন্নমক অসিদি মতম পুন্নমক্তা মাঙবা তাকপা নাই অদগা ওঁকার অসিদি (প্রণবকী ময়েক অসিদি) অমাঙ্ অদ্রা খক লৈরে—মসিদি প্রজাপতি ব্রহ্মাগী মশকনি ॥ ৮৪ ॥

শাস্ত্রনা হায়বা থাশি থানিননচিংবগী (দর্শপৌর্ণমাস) হৌনবী যজ্ঞনচিংবদগীদি প্রণবনচিংবগী জপ-যজ্ঞনা শক্তক তরা হেন্না কৈ। জপ-যজ্ঞশিংগী মরক্তা উপাংশু-জপ (ইনাক্তা লৈবা মী ফাওবনা তাবা ফংদনা শোনবা) না শক্তক চামা হেন্না কৈ, অদগা মানসজপ (পূক্লিঙ্‌ভদা শোনবা) না অমুক শক্তক লাশীং অমা হেন্না কৈ ॥ ৮৫ ॥

পঞ্চ মহাযজ্ঞগী মনুংচনবা বৈশ্বদেব হোম, বলিকর্ম্ম, নিত্য-শ্রাদ্ধ, অমদি অতিথিদা পাজ পীথক তৌবা—হায়বা পাকযজ্ঞ মখল মরি অসিনা, থাশি থানিনগী বিধিযজ্ঞগা লমন্তা ইনা পূনশিন্নদুনসু জপ যজ্ঞ (গায়ত্রী জপ) গী শক্তক ১৬ থোকপগী শক্তক অমা ফাওবা ওইদে ॥ ৮৬ ॥

কনাগুম্বা ব্রাহ্মণনা বেদনা হায়বা থবক তৌরবসু তৌদ্রবসু হায়রিবা জপ অসিদং তৌবগী পাঙ্গলনা লেপ্পমক সিদ্ধি ফংবা ওই—মসিসু চিংনফম করিস্থ লৈতে। থরায় পানবদা হিংসা তৌদ্রবা ব্রাহ্মণ অদুদি ব্রহ্মদা তিনবা মতিক চারবনি হায়দুনা মহাকপু 'মিত্র' হায়না খঙ্‌নৈ ॥ ৮৭

ইন্দ্রিয়াণাং বিচরতাং বিষয়েষ্বপহারিষু।
সংযমে যত্নমাতিষ্ঠেদ্বিদ্বান্ যন্তেব বাজিনাম্ ॥ ৮৮
একাদশেন্দ্রিয়াণ্যাহুর্যানি পূর্ব্বে মনীষিণঃ।
তানি সম্যক্ প্রবক্ষ্যামি যথাবদনুপূর্ব্বশঃ ॥ ৮৯
শ্রোত্রং ত্বক্ চক্ষুষী জিহ্বা নাসিকা চৈব পঞ্চমী।
পায়ুপস্থং হস্তপাদং বাক্ চৈব দশমী স্মৃতা ॥ ৯০
বুদ্ধীন্দ্রিয়াণি পঞ্চৈষাং শোত্রাদীন্যনুপূর্ব্বশঃ।
কর্ম্মেন্দ্রিয়াণি পঞ্চৈষাং পায্বাদীনি প্রচক্ষতে ॥ ৯১
একাদশং মনো জ্ঞেয়ং স্বগুণেনোভয়াত্মকম্।
যস্মিন্ জিতে জিতাবেতৌ ভবতঃ পঞ্চকৌ গণৌ ॥ ৯২

---

বথ চিংলিবা শগোলশিংবু শাথোবা মীনা লাকশিন্দুনা থম্বগুম বেদ হৈবা মীনস্থু লাযনা লাযনা হেত্তমক চি শিনগনবা হীবমশিংদা চেনশিনগদবগীতা হোৎনহুনা লৈবা ইন্দ্রিশিং অসিবু লাকশিন্দুনা থম্নবা হোৎনগদবা ওই ॥ ৮৮ ॥

মথক মথক্কী মহর্ষিশিংনা তাকপিখিবা ইন্দ্রি তবামাথোইগী মরম পুন্নমক অহু হুর্জাক ঐনা নখোযদা হাযবক্নে ॥ ৮৯ ॥

নাকোঙ, উনশা, মিৎ, লৈ অমস্থুং নাতোন—মঙা অসিনে অহুগা অমাংথোঙ, ঈশিংথোঙ, খুৎ, খোঙ অমস্থুং রাহে—মঙা অসিনে—অনিমক অসি তিন্নবগা ইন্দ্রি তবা হাযনা কৌই ॥ ৯০ ॥

মখল অনি অসিগী মবক্তা মথং মনাউ নাইনা নাকোঙনচিংবা ইন্দ্রি মঙা অসিনা জ্ঞানেন্দ্রিয় অহুগা অমাংথোঙনচিংবা মঙা অসিবুনা কর্ম্মেন্দ্রিয় হাযবা যাই ॥ ৯১ ॥

পূরিঙদি মশাগী মগুণনা কর্ম্মেন্দ্রিয় অমস্থুং জ্ঞানেন্দ্রিয় অনিমক অসিগী হৌফমগী মশক ওইবনা মসিবুনা তবামাথোইগুবা ইন্দ্রিনি হাযনা লৌনৈ। মবম অহুনা অসিগুম্বা পূরিঙ অসিবু (মন) জয় তৌবা ঙম্নবদি অহানবগী ইন্দ্রি তরামক অদুবুস্থু অহুম্মক জয় তৌবা হাযবহু ওই ॥ ৯২

ইন্দ্রিয়াণাং প্রসঙ্গেন দোষমৃচ্ছত্যসংশয়ম্ ।
সন্নিয়ম্য তু তান্যেব ততঃ সিদ্ধিং নিযচ্ছতি ॥ ৯৩
ন জাতু কামঃ কামানামুপভোগেন শাম্যতি ।
হবিষা কৃষ্ণবর্ত্মেব ভূয় এবাভিবর্দ্ধতে ॥ ৯৪
যশ্চৈতান্ প্রাপ্নুয়াৎ সর্ব্বান্ যশ্চৈতান্ কেবলাংস্ত্যজেৎ ।
প্রাপণাৎ সর্ব্বকামানাং পরিত্যাগো বিশিষ্যতে ॥ ৯৫
ন তথৈতানি শক্যন্তে সন্নিয়ন্তুমসেবয়া ।
বিষয়েষু প্রজুষ্টানি যথা জ্ঞানেন নিত্যশঃ ॥ ৯৬
বেদাস্ত্যাগশ্চ যজ্ঞাশ্চ নিয়মাশ্চ তপাংসি চ ।
ন বিপ্রদুষ্টভাবস্য সিদ্ধিং গচ্ছন্তি কর্হিচিৎ ॥ ৯৭

---

ইন্দ্রিশিং অসিগী ম্নুংঙাইনবত্না খনবদা মীওইবনা ফত্তবা হাযবত্থু ওইবকই, মসিদা চিংনফম কবিশ্নু লৈতে। মখোয অসিবু খুত্নম চনশিনবা ঙম্লবদি য ঙমদ্রবা সিদ্ধি ফংবা যাই ।। ৯৩

অপাম্বা বিষয উপভোগ তৌবদা। বিষযগী মুংঙাইবা ফংবা ) মযাই খক মযেং তাবক্তে ; থোইনদম ঘি হৈজিল্লবা মৈনা মূৎপদি লাযবত্নুনা হেন্নদম চাকখৎলকপগুম বিষযভোগ তৌবদসু অত্নুগুম্না অপাম্বা মযাই অস্নুম হেল্লকই ।। ৯৪ ।।

অপাম্বা হিবম পন্নমক থুংলবা মী অত্নুগা অমদি অপাম্বা পূম্ন-মকপু থাদোল্লবা মী অত্নুগা অনি অসিগী মবক্তা অপাম্বা থাদোকপা মী অত্নুনা অথোইবনি ।। ৯৫ ।।

বিষয ভোগ তৌহন্দনা ইন্দ্রিশিংবু বিষযদগী চিংথোক্লবা হোৎ-নবদি, জ্ঞানগী মংএনা বিষযদা লূপ্লবা ইন্দ্রিশিংবু খুত্নম চনশিনবা য়াবগুম লাযনা থোকপা খক ওইদে ।। ৯৬ ।।

বিষযদা লূপ্লবা ভাব ফজ্রনা মীনা বেদ তম্বা, দান, যজ্ঞ তৌবা, নিয়ম ঙাকপা, তপ তৌবা পূম্নমক অসি কৈদৌঙৈদসু মহৈ য়ানবা ঙমদে ।। ৯৭ ।।

শ্রুত্বা স্পৃষ্ট্বা চ দৃষ্ট্বা চ ভুক্ত্বা ঘ্রাত্বা চ যো নরঃ।
ন হৃষ্যতি গ্লায়তি বা স বিজ্ঞেয়ো জিতেন্দ্রিয়ঃ ॥ ৯৮
ইন্দ্রিয়াণাস্তু সর্ব্বেসাং যদ্যেকং ক্ষরতীন্দ্রিয়ম্।
তেনাস্য ক্ষরতি প্রজ্ঞা দৃতেঃ পাত্রাদিবোদকম্ ॥ ৯৯
বশে কৃত্বেন্দ্রিয়গ্রামং সংযম্য চ মনস্তথা।
সর্ব্বান্ সংসাধয়েদর্থানক্ষিণ্বন্ যোগতস্তনুম্ ॥ ১০০
পূর্ব্বাং সন্ধ্যাং জপংস্তিষ্ঠেৎ সাবিত্রীমার্কদর্শনাৎ।
পশ্চিমাস্তু সমাসীনঃ সম্যগৃক্ষবিভাবনাৎ ॥ ১০১

---

ইন্দ্রি খুত্তম চনবা কৌএ[illegible] —ফজবা অমদি তাথীবা ভাবা, হুংঙাইবা হুংঙাই[illegible] পোৎ [illegible]বপা, থে[illegible], য[illegible]বা অথীবা উবা অমদি অহাউবা [illegible]উত্তবা পোৎ মত্ত[illegible] চাবা তত্তগা ত্ত শিবা নত্রগা নমথীবা মনম নম্বা [illegible] প[illegible]মক অসিদা তনাটবা নত্রগা শাউনি[illegible] [illegible]নিমক [illegible] পোত্[illegible]বা অত্[illegible] মীওই [illegible]ব হায়বনি ॥ ৯৮ ॥

শউনগী ঈশিং খাটনা মপুন যাম্না মত্[illegible] [illegible]মত্ত হোবনা ঈশিং অমত্তসু যাওক্[illegible] [illegible] ইন্দ্রি[illegible] [illegible]। ইন্দ্রি অমত্তুংনা ওইববসু খোঙ্ফম নাম্বোকখ্রব দ, অ[illegible]ন ॥ ইন্দ্রি [illegible]ভগী দোযনা অথে[illegible]ইবা জ্ঞান ফাও[illegible] [illegible]ঙ্শিন্নকই ॥ ৯৯ ॥

ইন্দ্রি[illegible] [illegible]শিল্লগা ভামসুং প[illegible]ব্সু ফাজিল্লগা হকচাং অসিবু অ[illegible] [illegible]দৌদনা [illegible]পায় অসিতনা মীওইবনা পূম্নমক্তা মহৈ য়[illegible] [illegible] ॥ ১০০ ॥

অয়ুক্কী সন্ধ্যা তৌনা ম[illegible]মদা নুমিৎ মশক উবা ফাওবা মফম অমদা লেপ্লগা সাবিত্রী জপ তৌগনি অত্তগা নুমিদাং বাইবমগী সন্ধ্যা মতমদনা থগা[illegible]মিচাক মশক উজ্রিবা ফাওবা আসনদা ফমত্তুনা জপ তৌগনি ॥ ১০১ ॥

পূর্ব্বাং সন্ধ্যাং জপংস্তিষ্ঠেন্নৈশমেনো ব্যপোহতি।
পশ্চিমান্তু সমাসীনো মলং হন্তি দিবাকৃতম্॥ ১০২
ন তিষ্ঠতি তু যঃ পূর্ব্বাং নোপাস্তে যশ্চ পশ্চিমাম্।
স শূদ্রবদ্বহিষ্কার্য্যঃ সর্ব্বস্মাদ্দ্বিজকর্ম্মণঃ। ১০৩
অপাং সমীপে নিয়তো নৈত্যকং বিধিমাস্থিতঃ।
সাবিত্রীমপ্যধীয়ীত গত্বারণ্যং সমাহিতঃ॥ ১০৪
বেদোপকরণে চৈব স্বাধ্যায়ে চৈব নৈত্যকে।
নানুরোধোঽস্ত্যনধ্যায়ে হোমমন্ত্রেষু চৈব হি॥ ১০৫
নৈত্যকে নাস্ত্যনধ্যায়ো ব্রহ্মসত্রং হি তৎ স্মৃতম্।
ব্রহ্মাহুতিহুতং পুণ্যমনধ্যায়বষট্ কৃতম্॥ ১০৬

---

অয়ুক্লা লেপ্না লেপ্ন সন্ধ্যা তৌববদি অয়ুক নুংথিন্দা তৌবা পাপ পূন্নমক মাঙ্‌ই॥ ১০২

অয়ুক হুমিদাংবাইরমদা তৌবা হৌনবা গায়ত্রী জপনচিংবসি তৌদ্রবা মী অত্রদি শূদ্রগুন্না দ্বিজাতিশিংগী ওইবা মথৌ মশিন পূন্নমক তৌহল্লোইদবনি॥ ১০৩॥

নেদ অয়াম্বা তম্বা ঙমদ্রবদি দ্বিজাতিশিংনা খুঙ্গঙ্‌ মতাইদা অচীকপা মফম অমা য়েংলগা মফম অদুদা লৈবা ঈশিং মপান অমদা ব্রহ্মযজ্ঞ বিধি অমশ্রর তৌরগা পুক্নিঙ্‌ চপ যুংনা য়াম্না চেকশিন্না প্রণব ব্যাহৃতি য়াওনা গায়ত্রী শোনগনি॥ ১০৪

বেদাঙ্গ শাস্ত্র (বেদগী মশা ওইবা শাস্ত্র তম্বদা, হুমিৎ খূদিঙ্‌গী পাঙ্‌থোক্তব য়াদ্রবা ব্রহ্মযজ্ঞগী মশক ওইরবা বেদগী শব্দক অহু তম্বদা অমদি হোম তৌবগী মন্ত্র থীবদা তমহৈদবগী অথিংবহু থক লৈতে॥ ১০৫॥

হুমিৎ খূদিঙ্‌গী তৌফম থোকপা জপ-যজ্ঞনচিংবগীদি তৌহৈদবা হুমিৎ লৈতে মরমদি—মসিগীদি অতৎপা লৈতবনা মহুনচিংবনা মসিবু 'ব্রহ্মসত্র' হায়না খঙ্‌নহল্লম্মী। তমহৈদবগী মহুং চনবা

যঃ স্বাধ্যায়মধীতেঽব্দং বিধিনা নিয়তঃ শুচিঃ।
তস্য নিত্যং ক্ষরত্যেষ পয়ো দধি ঘৃতং মধু ॥ ১০৭
অগ্নীন্ধনং ভৈক্ষ্যচর্য্যামধঃশর্য্যাং গুরোর্হিতম্।
আসমাবর্ত্তনাৎ কুর্য্যাৎ কৃতোপনয়নো দ্বিজঃ ॥ ১০৮
আচার্য্যপুত্রঃ শুশ্রূষুর্জ্ঞানদো ধার্ম্মিকঃ শুচিঃ।
আপ্তঃ শক্তোঽর্থদঃ সাধুঃ স্বোঽধ্যাপ্যা দশ ধর্ম্মতঃ ॥ ১০৯

---

ওইতুনস্নু যজ্ঞ লোইশিনবা খঙ্হনবা বষট্‌কার মন্ত্রদি বেদ তম্বগুন্না মতুদা তৌবা আহুতি অতুদি পুণ্যগী মশক ওই হায়বদি তৌগনি ॥ ১০৬ ॥

ইন্দ্রি খুতুম চনবগা লোয়ননা হৌনবী কায়দনা মসিবু চহি অমা চুপ্পা জপ তৌরবা মী অতুদি মানা তৌবিবা জপ যজ্ঞ অতুনা মঙোন্দা হুমিৎ থূদিঙ্গী শংগোম অনৌবা অফম্বা, ঘি অমদি খোইহি ঙাক্তা শিম্বহল্লকই হায়বদি লাই অমদি মী অতগী মপা মপুনা অতুগুম্বা শংগোমনচিংবতু থক্তূনা পেনবিবদগী জপ তৌরিবা মী অতগী হুংঙাই-নবা শীনবিরকই ॥ ১০৭

ব্রহ্মচারীনা সমাবর্ত্তন য়ৌদ্রিবা ফাওবদি গুরুকুলদা লৈতুনা অয়ুক অমসুং হুমিদাংবাইরম থূদিঙ্গী হোমগীদমক শীং হাপ্পুনা মৈ হোগৎপা অমসুং ভিক্ষা নিবগী থবক তৌগনি। কাংথোন্নচিংবা হিপ্‌ফদে, মখাদা ( লৈমায়দা ) হিপকনি অমসুং গুরুগী কান্ননবতা তৌগনি ॥ ১০৮

আচার্য্যগী মচানিপা, সেবা তৌবা মী. অতোপ্পা জ্ঞান তাক-পিবা মী, ধর্ম্ম চেনবা, মশা তশেং তশেংবা মীওই; মরী-মতা, তাকপী তম্বীবদা লৌশিনবা ঙম্বা মী, লনপীবা মী, সাধু ওইবা মী অমদি শাগে নাতৈ—মখল ১০ অসিদি ধর্ম্মমক য়েংতুনা তম্বীফম থোকই ॥ ১০৯ ॥

নাপৃষ্টঃ কস্যচিদ্ব্রূয়ান্ন চান্যায়েন পৃচ্ছতঃ।
জানন্নপি হি মেধাবী জড়বল্লোক আচরেৎ॥ ১১০
অধর্ম্মেণ চ যঃ প্রাহ যশ্চাধর্ম্মেণ পৃচ্ছতি।
তয়োরন্যতরঃ প্রৈতি বিদ্বেষং বাধিগচ্ছতি॥ ১১১
ধর্ম্মার্থৌ যত্র ন স্যাতাং শুশ্রূষা বাপি তদ্বিধা।
তত্র বিদ্যা ন বপ্তব্যা শুভং বীজমিবোষরে। ১১২
বিদ্যয়ৈব সমং কামং মর্ত্তব্যং ব্রহ্মবাদিনা।
আপদ্যপি ঘোরায়াং নত্বেনামিরিণে বপেৎ॥ ১১৩

---

হংদ্রবদি খক খুমলোইদবনি অতুম ওইনমক শিষ্যবু তম্বীবা মতমদদি হংলক্তবসু মাগী অশোয়বা য়াওরকপদা ( চৌথ নাম্ব য়াওরকপদা ) চুমথোক্লবা মতম পূন্নমক্তা তাকপিগদবনি। ভক্তি শ্রদ্ধানচিংবা হংবা হৌনবা রাহং নত্তনা চুমদনা হংজিল্লকপা রাহংগী দমক্তি পাওখুম পীরোইদবনি অশিংবা মীনা অসিগুম্বা মতমদদি খঙনা উনমক লোনথোক্তবগুম লৈগনি॥ ১১০॥

মীনা হংবদা ওইদবা রাঙাঙনা ধর্ম্ম কায়না তাৎ তৌতুনা পাউখুম পীবা অতুগা ধর্ম্ম য়াওদবা রাহংনা পাউহংবা মীওই অনি অসিমক হংবা খুম্বগী ধর্ম্ম য়াওদ্রবনা মী অমদি কালগী খায়াত্তা তাই নত্রগা অমনা অমবু য়েংথীবা ওইহৌই ॥ ১১১॥

লৈহাউ লৈতবা মফমদা মরূ হুনফদবগুম ধর্ম্মসু লনসু ফংলোইদবা অতুগা গুরুগী সেবানচিংবসু তৌনিঙদবা অতুগুম্বা শিষ্যদি খক মহৈ তম্বীবা হৌনদে॥ ১১২॥

বেদ তম্বীবদা মতিকচাবা শিষ্য ফংদ্রবদি হিংননবা পাম্বে রাৎলবমকসু মতিক চাদবা মীওইদা মহৈগী মরূ খক হুল্লোইদবনি— অস্নুম তৌবদগীদি মাগী মহৈ অতু পুতুনা অতুম্মক শিথিবনা হেন্না ফৈ॥ ১১৩॥

বিদ্যা ব্রাহ্মণমেত্যাহ শেবধিস্তেঽস্মি রক্ষ মাম্।
অসূয়কায় মাং মা দাস্তথা স্যাং বীর্য্যবত্তমা ॥ ১১৪
যমেবতু শুচিং বিদ্যান্নিয়ত ব্রহ্মচারিণম্।
তস্মৈ মাং ব্রূহি বিপ্রায় নিধিপায়াপ্রমাদিনে ॥ ১১৫
ব্রহ্ম যস্ত্বননুজ্ঞাতমধীয়ানাদবাপ্নুয়াৎ।
স ব্রহ্মস্তেয় সংযুক্তো নরকং প্রতিপদ্যতে। ১১৬
লৌকিকং বৈদিকং বাপি তথাধ্যাত্মিকমেব চ।
আদদীত যতো জ্ঞানং তং পূর্ব্বমভিবাদয়েৎ ॥ ১১৭
সাবিত্রীমাত্রসারোঽপি বরং বিপ্রঃ সুযন্ত্রিতঃ।
নাযন্ত্রিতস্ত্রিবেদোঽপি সর্ব্বাশী সর্ব্ববিক্রয়ী ॥ ১১৮

---

মহৈ লাইবেগ্নানা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ ওজা ( অধ্যাপক ) অমগী মনাক্তা লাক্কনা হায়বৈ—'ঐ অসি নঙগী নপলনি, ঐব চেকশিন্না ঙাকউ, থাজদবনচিংবা দোশনা তিনবা মূর্খদা ঐবু শিন্নথোক্কনু। অদুম তৌববদি ঐ অসি নঙগী নফমদা মঙান চাউনা লৈগনি। ১১৪

মহৈগী লন লোইবা মাশিংনা— মতম পুন্নমক্তা মশা শেংনা লৈবা, ইন্দ্রি লাকশিনবা ঙম্বা অমদি অশেংবা ব্রহ্মচাবা তমান হাযবা খঙলবা অদুগুম্বা ময়াই বাত্রবা শিয্য অদুগী মফমগদা এবু তাক্কদবনি ॥ ১০৫ ॥

তমলিবা অমদি তম্বীবা মীগী য়াথং লোদনা বেদবু ফংনবা, হৈনবা হোৎনরিবা মীশিং অদুদি বেদ হুবানবগী পাপনা নবক তাবা হায়বদু ওই ॥ ১১৬ ॥

গুরু ওইবদা মতিক চারবা • ( ক্তা য়াম্না শিন্দুনসু মীরোন খঙবা, বেদগী জ্ঞান মপুংফানা লৌবা অমদি আধ্যাত্মিক-কা জ্ঞাননসু মশাগী লৈতেংনরবা তামসুং অদুগুম্বা জ্ঞানশিং অদু মঙোন্দগী ফংবা য়াবা মীশক অদুদা খ্বাযদগী হান্না খুকমগনি ॥ ১১৭ ॥

গায়ত্রীতবু অথোইবা মরল ওইনা লৌজবা সদাচারী ( হৌনলোনচৎ চৎপা ) ব্রাহ্মণনা শাস্ত্রগী জ্ঞান মপুং ফানা লৈত্রবসু

**শয্যাসনেঽধ্যাচরিতে শ্রেয়সা ন সমাবিশেৎ।**
**শয্যাসনস্থশ্চৈবৈনং প্রত্যুত্থায়াভিবাদয়েৎ॥ ১১৯**
**ঊর্দ্ধং প্রাণা হ্যুৎক্রামন্তি যূনঃ স্থবির আয়তি।**
**প্রত্যুত্থানাভিবাদাভ্যাং পুনস্তান্ প্রতিপদ্যতে॥ ১২০**
**অভিবাদনশীলস্য নিত্যং বৃদ্ধোপসেবিনঃ।**
**চত্বারি সম্প্রবর্ধন্তে আয়ুর্বিদ্যা যশো বলম্॥ ১২১**
**অভিবাদাৎ পরং বিপ্রো জ্যায়াংসমভিবাদয়ন্।**
**অসৌ নামাহমস্মীতি স্বং নাম পরিকীর্ত্তয়েৎ॥ ১২২**

---

অথোইবা ওই—বেদ অহুম্মক হৈত্নসু লমচং নাইদ্রেবদি অত্নগা চাহৈদবা চাবা অমদি য়োলহৈদবা পোং য়োনবা মীওই ওইরবদি মহাক অহুবু ইকাই খুন্নবা উৎকম থোক্কে ॥ ১১৮ ॥

গুরুনা শীজিন্নবা ফম্মুং নত্রগা যিদা খক শীজিন্নরোইদবনি, মশাগী ফম্মুংদা অমদি ফিদাদা হিপগি কমলিদৈদা গুরুমক চঙ্লক্লবদি ফম্মুং নত্রগা ফম্ফম থাদোক্কনা মাবু খুরুম-খাজঙ্ তৌগদবনি ॥ ১১৯ ॥

চহিদা অহন ওইখিবা, মহৈ হৈবা হেনখিবা অত্নগুম্না মী অত্ত লাক্লবদি নহা ওইবশিংগী ( হন্থবা মীওইগী ) ১থরারনা মশাদগী মপান থোক্কদবগী হোৎনত্নতা লৈ, অদুবু হৌগৎপা অমদি খুরুমখাজঙ্বনচিংবা থৌগনলোন উৎলবদি মফম লেঙ্লয়বা থরায় অত্নহান্নগী মফমদা অন্নুক হজ্জিনখি । ১২০ ।

অহল ওইবা ( চহি হনবা, মহৈ হেনখিবা ) মীশিংগী সেব তৌবা, মখোয়দা ভক্তি ব্যবহার কায়দনা চৎপা নহা ওইবশিংনা পুন্সী, মহৈ, মিংচৎ অমদি মপাংগল-মথৌনা মখল মরি অসি চাওখৎপা ফংলকই ॥ ১২১ ॥

দ্বিজাতিশিংনা গুরুজনশিংবু খুরুম-খাজঙ্বা মতমদা খুরুম্না লোইরগা 'ঐ অত্নুনি, নঙ্বু খুরুমজরি' হায়ত্ননা মশাগী মমিং তাক্কনি ॥ ১২২ ॥

**নামধেয়স্য যে কেচিদভিবাদং ন জানতে।**
**তান্ প্রাজ্ঞোঽহমিতি ব্রূয়াৎ স্ত্রিয়ঃ সর্ব্বাস্তথৈবচ ॥ ১২৩**
**ভোঃ শব্দং কীর্ত্তয়েদন্তে স্বস্য নাম্নোঽভিবাদনে।**
**নাম্নাং স্বরূপভাবোহি ভোভাব ঋষিভিঃ স্মৃতঃ ॥ ১২৪**
**আয়ুষ্মান্ ভব সৌম্যেতি বাচ্যো বিপ্রোঽভিবাদনে।**
**অকারশ্চাস্য নাম্নোঽন্তে বাচ্যঃ পূর্ব্বাক্ষরঃপ্লুতঃ ॥ ১২৫**
**যো ন বেত্ত্যভিবাদস্য বিপ্রঃ প্রত্যভিবাদনম্।**
**নাভিবাদ্যঃ স বিদুষা যথা শূদ্রস্তথৈব সঃ ॥ ১২৬**

খুরুমগদোরিবা ( ওক্কদোরিবা ) মী অত্থনা সংস্কৃত হৈত্রবদি অত্থগা খুরুমলিবা মী অত্থনা অখঙ্বা অমা ওইরবদি মানা খুরুম্বা লোইরগা 'ঐনি' অস্নুম্না হায়গনি। নূপীদা খুরুম্বা মতমদ'থু মওঙ অস্নুম তৌগনি ॥ ১২৩ ॥

খুরুম্বা মতমদা মশাগী মমিং হায়রবা তুংদা 'ভোঃ' হায়বা ৱাহৈ অসি হায়গনি হায়রবদি "অভিবাদয়ে অমুক দেবশর্ম্মাহমস্মি ভোঃ" অস্নুম হায়গনি। ঋষিশিংনা হায়—মিং হায়রগা কৌবা খঙ্হন-বগুম্না 'ভোঃ' হায়বস্নু অত্থগুম্বনি খঙ্নগনি। (ভোঃ—হে,।।১২৪ ॥

মিং হায়ত্থনা খুরুম্লবদা ওকপিবগী ৱাহৈদি—'অয়ুষ্মান্ ভব সৌম্য অমুক-শর্ম্মন্' অমস্না হাযগনি অত্থগা হায়গদোরিবা মমিং অত্থগী 'অকার,' মত্থ য়াওদ্রগা হেক থংনবা মথক্কী স্বরবর্ণ অদুবু প্লুতদা হায়বদি মাত্রা অহুম শুনা উচ্চারণ তৌগদবা ওই। খুরুমলিবা মীনা ক্ষেত্রি ওইরবদি "আয়ুষ্মান্ ভব বলবর্ম্মন্" হায়গনি অত্থগা "আয়ুষ্মান্ ভব বসুভূতে" অস্নুম্না হায়গনি। নূপী অমস্নুং শূদ্রগীদি মমিংনা কোন্না কৌরোই ॥ ১২৫ ॥

শূদ্রবু খুরুম্বা য়াদবগুম্ মীনা খুরুম্বদা ওক্কনি হায়বা খঙ্দবা ব্রাহ্মণ অত্তদি মহে হৈবশিংনা থক খুরুম্লোইদবনি। ( খুরুম্বা থোক্লবস্নু মমিংদি হায়দনা 'নঙ্বু খুরুমজরি' অসিতা হায়ত্থনা মখোঙ্ শোক্তনা খুরুমগনি ) ॥ ১২৬ ॥

ব্রাহ্মণং কুশলং পৃচ্ছেৎ ক্ষত্রবন্ধুমনাময়ম্ ।
বৈশ্যং ক্ষেমং সমাগম্য শূদ্রমারোগ্যমেবচ ॥ ১২৭
অবাচ্যো দীক্ষিতো নাম্না যবীয়ানপি যো ভবেৎ ।
ভোভবৎপূর্ব্বকস্ত্বেনমভিভাষেত ধর্ম্মবিৎ । ১২৮
পরপত্নী তু যা স্ত্রী স্যাদসম্বন্ধা চ যোনিতঃ ।
তাং ব্রুয়াদ্ভবতীত্যেবং সুভগে ভগিনীতি চ ॥ ১২৯
মাতুলাংশ্চ পিতৃব্যাংশ্চ শ্বশুরানৃত্বিজো গুরূন্ ।
অসাবহমিতি ব্রূয়াৎ প্রত্যুত্থায় যবীয়সঃ ॥ ১৩০

---

অমগা অমগা উন্নবদা হৌনবী মতুংইন্না খুরুম খাজঙ্ তৌরবদা মতুগী হৌনবী ওরুমদাইদা নহা ওইবা ব্রাহ্মণবু নত্রগা খুরুম্বমক্তি য়াদবা চহি লেংমান্নবা ব্রাহ্মণবু চুম্নী য়াইফ-পাউহংগনি অতুগা খুরুম্বা য়াবা ক্ষেত্রিবুনা অনাময় ( নাবা য়েকাগী ) মরম, বৈশ্যবুনা ক্ষেম (মঙ্গল ওইবা পাউ) গী মরম অতুগা শূদ্রবুনা আরোগ্য (তীন্থুং লায়থুং লৈতবগী মরম ) খঙ্নবা রাহৈ হায়তুনা রাহং পাউহংগনি ॥ ১২৭ ॥

যজ্ঞনচিংবদা দীক্ষা তৌরবা মীওইদি হাযবদি বরিতুনা ফমগ্রবা আচার্য্যনচিংবা ব্রাহ্মণদি চহিদা নহা ওইরবসু ধর্ম্ম খঙবা মীনা মহাকপু মতম অতুদদি মমিং ফান্দুনা কৌবা য়াদে, অতুমদি ওইরগা 'ভোঃ' 'ভবৎ' অসিনচিংবা রাহৈ হায়তুনা কৌগনি ॥ ১২৮ ॥

অতোপ্পগী নুপী, অমদি ইশাগী নুপীগী সম্বন্ধী নত্তবী অতুগুম্বী নুপীবু 'ভবতি, ( ইবেম্মা ), সুভগে ( লাইবক ফবী ) নত্রগা ভগিনী ( ইচন নত্রগা ইচে ) অসুম হায়না কৌগনি ॥ ১২৯ ॥

ইমাগা পোকমিন্নবা মামা, ইখুড়া নত্রগা ইপল, ইকুবোক, পুরোহিত, জ্ঞান, তপ অসিনচিংবদা হেনগ্রবা মীওই অমদি অতোপ্পা, গুরুজন ওইবশিংবুদি চহিদা নৌরবসু মখোয়না লাকপদা ফম্ফমদগী হৌগত্তুনা "মিং অতু কৌবা ঐনি" হায়বসি হায়গনি ॥ ১৩০ ॥

মাতৃস্বসা মাতুলানী শ্বশ্রূরথ পিতৃস্বসা।
সম্পূজ্যা গুরুপত্নীবৎ সমাস্তা গুরুভার্য্যয়া ॥ ১৩১
ভ্রাতুর্ভার্য্যোপসংগ্রাহ্যা সবর্ণাহন্যহন্যপি।
বিপ্রোষ্য তূপসংগ্রাহ্যা জ্ঞাতিসম্বন্ধিযোষিতঃ ॥ ১৩২
পিতুর্ভগিন্যাং মাতুশ্চ জ্যায়স্যাঞ্চ স্বসর্য্যপি।
মাতৃবদ্বৃত্তিমাতিষ্ঠেন্মাতা তাভ্যো গরীয়সী ॥ ১৩৩
দশাব্দাখ্যং পৌরসখ্যং পঞ্চাব্দাখ্যং কলাভৃতাম্।
ত্র্যব্দপূর্ব্বং শ্রোত্রিয়াণাং স্বল্পেনাপি স্বযোনিষু ॥ ১৩৪

---

ইমাগা পোকমিন্নবী ইন্দোন, মমা লৌবী ইনে, ইপাগা পোকমিন্নবী ইনে শমদি ইনেম্বোক (নিপাগী ওইববসু নুপীগী ওইববসু)—মখোয় অসিদি ইমা নত্রগা গুরুনা লৌবী ইমামক্তা মান্নবী ঙাক্নি, মবম অতুনা মখোয়বসু খুকম্বদা মখোঙ্ শোকপনচিংবা তৌগদবনি ॥ ১৩১ ॥

বর্ণ তিন্নবী, চহিসু হনবী ইযাম্বনা লৌবী ইচৈমগী মখোঙ্ পায়তুনা খুকম্বদি নুমিৎ খূদিঙ্গী তৌগদবনি। লংফেদগী হল্লক্লগসু ইখুড়া ইপলনা লৌবী ইন্দোন, ইন্মাল, ইনেম্বোক অসিনচিংবা অসিবু মখোঙ্ শোক্লা খুৎমাদবনি। মখোয় অসিবু নুমিৎ খূদিঙ্গী মখোঙ্ শোক্লা খুকম্বগী নিদমদি লৈতে ॥ ১৩২ ॥

ইপাগা পোকমিন্নবী মচল মচে (ইনে), ইমাগী মচে মনাউ (ইন্দোন, ইন্মাল) অমদি পোকমিন্নবী ইচে—মখোয় অসিদি ইমাদা চৎপা শাজৎ-ব্যবহার অতু চৎকদবনি, অতুমদি ওইরগা অপোকপী ইমানা মখোয় অসিদগীদ লূপ্পা হেল্লি ॥ ১৩৩ ॥

খুল নত্রগা লৈকাই অমত্তদা লৈমিন্নবা বর্ণ মান্নবশিংগী মরক্তা কনাগুম্বা অমনা চহি ১০ শুনা হনখ্রবা অতুগা জগোয় ঈশৈ তৌবশিংগীনা অমনা অমদগী চহি মঙা ফানা হনখ্রবা, বেদ হৈবশিংগী মরক্তনা অমনা অমদগী চহি অহুম হনখ্রবা অতুগা সপিণ্ডশিংগী (শাগৈ) মরক্তনা মতম খবতমক ওইরবসু হনখিবা অতুগুম্বা মীওইশিং

**ব্রাহ্মণং দশবর্ষন্তু শতবর্ষন্তু ভূমিপম্।**
**পিতাপুত্রৌ বিজানীয়াদ্ ব্রাহ্মণস্তু তয়োঃ পিতা॥ ১৩৫**
**বিত্তং বন্ধুর্বয়ঃ কর্ম্ম বিদ্যা ভবতি পঞ্চমী।**
**এতানি মান্যস্থানানি গরীয়ো যদ্‌যদুত্তরম্॥ ১৩৬**
**পঞ্চানাং ত্রিষু বর্ণেষু ভূয়াংসি গুণবন্তি চ।**
**যত্রস্যুঃ সোঽত্রমানার্হঃ শূদ্রোঽপি দশমীংগতঃ॥ ১৩৭**
**চক্রিণো দশমীস্থস্য রোগিণো ভারিণঃ স্ত্রিয়াঃ।**
**স্নাতকস্য চ রাজ্ঞশ্চ পন্থা দেয়ো বরস্য চ॥ ১৩৮**

---

অহুদি মহোশানা মরূপকুম লোয়নৈ। অসিগুম্বা মফমদদি চহি হনবগী ইবাই খুন্নবা খুন্নদবগী থোইদোকপা মরম লৈতে॥ ১৩৪॥

চহি ১০ শুবা ব্রাহ্মণ অহুগা চহি ১০০ শুবা ক্ষেত্রি—অনি অসি মপাগা মচাগা লোয়নবগুম লোয়নগনি, মসমদি ব্রাহ্মণদি ক্ষেত্রিনা অপোকপা মপাগুম লোয়নফম থোকপনা॥ ১৩৫॥

জতি অমগী মনুংদা ধর্ম্ম কায়দনা তানশিনবা লন্না ইনাক খুনবা হেনখিবা, মীবোন ৭ কী মনুংদা লৈবিবা শাগৈ নাতৈ (সপিণ্ড), চহিদা হনখিবা, যাগ-যজ্ঞনচিংবা কর্ম্ম তৌবা অমদি বেদগী অর্থ খঙবা মীওই—মসি অসিদি ইকাই খুন্নফম মক্তনি। মথোয় অসিগী মরক্তা মথং মথংনা হেন্না হেন্না ইকাইখুন্নবা উৎকনি হায়বদি লন লৈবদগীদি শাগৈ নাতৈনচিংবনা হেল্লি—অসুম তৌনা মথং মথংনা হেনগৎকনি॥ ১৩৬॥

মথক্তা হায়খ্রিবা লন নৈবনচিংবা গুণ মঙা অসিগী মনুংদা ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ অহুমগী মনুংদদি হেন্না গুণ লৈবা মী অহুবুনা হেন্না ইকাই খুন্নফম থোকই। অহুগা চহি ৯০ হেনখ্রবা শূদ্র অহুদি ব্রাহ্মণমরুপ্পু ইকাই খুম্নগনি॥ ১৩৭॥

কাংথোঙ পানবা রথনচিংবদা তোংবা মী, চহি ৯০ হেল্লবা অহল্লম্মন, অনাবা, পোৎলুম পুবা মী, নূপী, গুরুগৃহদগী (মহৈতম্বা লোইহনা) হল্লকপা ব্রাহ্মণ, নিংথৌ অমদি লুহোঙবগী যাত্রা

**তেষান্তু সমবেতানাং মান্যৌ স্নাতকপার্থিবৌ।**
**রাজস্নাতকয়োশ্চৈব স্নাতকো নৃপমানভাক্ ॥ ১৩৯**
**উপনীয় তু যঃ শিষ্যং বেদমধ্যাপয়েদ্দ্বিজঃ।**
**সকল্পং সরহস্যঞ্চ তমাচার্য্যং প্রচক্ষতে ॥ ১৪০**
**একদেশন্তু বেদস্য বেদাঙ্গান্যপি বা পুনঃ।**
**যোহধ্যাপয়তি বৃত্ত্যর্থমুপাধ্যায়ঃ স উচ্যতে ॥ ১৪১**
**নিষেকাদীনি কর্ম্মাণি যঃ করোতি যথাবিধি।**
**সম্ভাবয়তি চান্নেন স বিপ্রো গুরুরুচ্যতে ॥ ১৪২**

---

তৌহ্না লাকপা বর—মখোয় অসিদি লম চাযথোক্নূনা চৎহনখিগনি ॥ ১৩৮

নিংথৌনচিংবনা হায়বদি ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রিনচিংবা) মতম অমত্তদা পুল্লপ পুল্লববদি মখোয অহুগী মবক্তা স্নাতক ব্রাহ্মণ ( ব্রহ্মচর্য্য পালন তৌরগা সমাবর্ত্তন তৌরবা ) গা নিংথৌগনা হেন্না ইকাই খুম্নফম ওই। অদুগা নিংথৌগা স্নাতক ব্রাহ্মণগা অনি ঙসিগীনা স্নাতক ব্রাহ্মণ অহুনা নিংথৌদগীসু হেন্না ইকাই খুম্নকমনি ( নিংথৌ হায়বসি ক্ষেত্রিবুসু খঙ্‌নৈ ) ॥ ১৩৯ ॥

শিষ্যবু হৌনবী মতুং ইন্না উপনয়ন ( নগুণ থাংবা ) সংস্কার তৌরগা কল্প রহস্য ( বেদগী অঙ্গ ওইবা লাইরিকশিং ) গা লোয়ননা বেদ শাস্ত্র পুন্নমক তম্বীবা ব্রাহ্মণ অদুবু "আচার্য্য" হায়না কৌই ॥ ১৪০ ॥

অদুগা হিংননবা লন্বী থিবা ওইনা ( মমল লৌহুনা ) বেদগী করিগুম্বা শরুক অমা নত্রগা বেদাঙ্গ তম্বীবা ব্রাহ্মণ অদুবুনা 'উপাধ্যায়' হায়না কৌই ॥ ১৪১

গর্ভাধাননচিংবা সংস্কার পুন্নমক হৌনবী কায়দনা তৌবীরকপা অমদি চীজ-পীথক্নূনা য়োক্লকপা ব্রাহ্মণ হায়বদি ইপাবু 'গুরুমকনি' হায়না লৌগনি ॥ ১৪২ ॥

অগ্ন্যাধেয়ং পাকযজ্ঞানগ্নিষ্টোমাদিকান্ মখান্।
যঃ করোতি বৃতো যস্যতস্যর্ত্বিগিহোচ্যতে। ১৪৩
য আবৃণোত্যবিতথং ব্রহ্মণা শ্রবণাবুভৌ।
স মাতা স পিতা জ্ঞেয়স্তং ন দ্রুহ্যেৎ কদাচন। ১৪৪
উপাধ্যায়ান্ দশাচার্য্য আচার্য্যানাং শতং পিতা।
সহস্রন্তু পিতন্মাতা গৌরবেনাতিরিচ্যতে॥ ১৪৫
উৎপাদকব্রহ্মদাত্রোর্গরীয়ান্ ব্রহ্মদঃ পিতা।
ব্রহ্মজন্ম হি বিপ্রস্য প্রেত্য চেহ চ শাশ্বতম্॥ ১৪৬
কামান্মাতা পিতা চৈনং যদুৎপাদয়তো মিথঃ।
সম্ভূতিং তস্য তাং বিদ্যাদ্যদ্যোনাবভিজায়তে॥ ১৪৭

---

হৌনবী মতুংইন্না বোরিদুনা (বরণ তৌদুনা) কনাগুম্বা অমগী অন্বষ্টকনচিংবা পাকযজ্ঞ অমদি অগ্নিষ্টোমনচিংবা যজ্ঞ কর্ম্ম তৌহল্লিবা মী অদূবু মী অদুগী ঋত্বিক (পুরোহিত) হায়না কৌই॥ ১৪৩॥

অশেংবা—বেদ মন্ত্রনা নাকোঙ্ অনিমক থলহনবীদুনা মহৈ য়ালহল্লিবা অদুগুম্বা বেদ তম্বীবা মী অদূবু শাস্ত্রনা ইমা অমসুং ইপামক্কি হায়না খঙ্নৈ। কৈদৌঙৈদসু মাগী মাঙ্নবা তৌফদে ॥ ১৪৪॥

উপাধ্যায় (তম্বীবা ওজা) ১০ দগী আচার্য্য অমনা হেল্লি। আচার্য্য ১০০ দগী সংস্কারনচিংবা তৌবীরিবা ইপা অদুনা হেল্লি অদুগা অপোকপা ইপা ১০০০দগীদি ইমানা অমুক হেল্লি॥ ১৪৫॥

অপোকপা ইপাগা বেদ তম্বীবা আচার্য্যগা অনিমক ইপা-মক্তনি। অনি অসিগী মরক্তা বেদ তাকপীবা আচার্য্যনা অথোইবনি। মরমদি বেদ তম্নবগীদমক তৌবা উপনয়ন (নগুণ থাংবা) হায়বসি সংস্কারগী মশক্কি। অসিগুম্বা অনিগুবা মপোক অমা অমুক ফংবা অসিতনা দ্বিজ (মপোক অনি গুরবা মী) শংগী চঙ্বা শিবা অনিমক্তা ব্রহ্ম ফংনবগী মরম থোকহনবনা অরেপ্পা মশক ওইহল্লি॥ ১৪৬॥

মমা মপানা অপাম্বতনা থুদুম চন্দুনা মচা পোক্লবা মরম

আচার্য্যস্ত্বস্য যাং জাতিং বিধিবদ্বেদপারগঃ।
উৎপাদয়তি সাবিত্র্যা সা সত্যা সাঽজরামরা ॥ ১৪৮

অল্পং বা বহু বা যস্য শ্রুতস্যোপকরোতি যঃ।
তমপীহ গুরুং বিদ্যাচ্ছ্রুতোপক্রিয়য়া তয়া ॥ ১৪৯

ব্রাহ্মস্য জন্মনঃ কর্ত্তা স্বধর্ম্মস্য চ শাসিতা।
বালোঽপি বিপ্রো বৃদ্ধস্য পিতা ভবতি ধর্ম্মতঃ ॥ ১৫০

অধ্যাপয়ামাস পিতৄন্ শিশুরাঙ্গিরসঃ কবিঃ।
পুত্রকা ইতি হোবাচ জ্ঞানেন পরিগৃহ্য তান্ ॥ ১৫১

---

ওইহল্লি ( কামনা মরম ওইতুনা )। মগানা মমাগী খাউদা লৈতুনা মীওই মীতৌ য়াৎলকই। অসিগুম্বা মপোক্কা শা-শনগী মপোক্কা খেন্নবা করিসু লৈতে। মরম অতুনা বেদগী মপোক্না 'দ্বিজাতিশিংগী অথোইবা মপোকনি—শ্লোক্কী ভাবতি মসনি ॥ ১৪ ॥

বেদ হৈরবা আচার্য্যনা সাবিত্রী মন্ত্র পীদুনা হৌনবা মতুংইন্না পীবিবা মপোক অতুনা ব্রহ্ম ফংনবা মরম ওইহবনা মতুনা অশেংবা মপোকনি, অসিগুম্বা মপোক অসিগী মতুংদদি শিবা নাবা হায়বা অমুক লৈখিদ্রে ॥ ১৪৮ ॥

থরতবু ওইরবসু য়াম্নবু ওইরবসু বেদগী জ্ঞান ফংহনবীতুনা কাম্নবা তৌবীবিবা মী অদুদি গুরুমকনি খঙ্গনি ॥ ১৪৯ ॥

বেদ তম্বীবনচিংবা তৌতুনা ব্রহ্মজন্মগী মরম থোকহনবা অদুগা বেদবু ব্যাখ্যা তৌতুনা স্বধর্ম্ম ( তৌগদবা ইথৌ ) গী পাউতাক পীবিরিবা অদুগুম্বা ব্রাহ্মণ অদুদি অঙাং ওইরবসু ধর্ম্মগী মতুংইন্না মাবু অহনমক্লসু মপাগুম্না ইকাই খুম্মগনি ॥ ১৫০ ॥

অঙ্গিরাগী মচানিপা ( বৃহস্পতি ) না অঙাং ওইরবসু হেন্দোক থোইদোক্লা বেদ হৈখিবদগী চহিদা অহল ওইরবা মখুড়া অমসুং মখুড়াগী মচানিপাশিংবু বেদ তম্বীখি অমসুং জ্ঞানগী পাউতাক পীতুনা মখোয়বু মাগী সেবক ( শিষ্য ) ওইনা 'পুত্রক' ( ইচা ) হায়না কৌখি ॥ ১৫১ ॥

তে তমর্থমপৃচ্ছন্ত দেবানাগতমন্যবঃ।
দেবাশ্চৈতান্ সমেত্যোচুর্ন্যায্যং বঃ শিশুরুক্তবান্।।১৫২
অজ্ঞো ভবতি বৈ বালঃ পিতা ভবতি মন্ত্রদঃ।
অজ্ঞং হি বালমিত্যাহুঃ পিতেত্যেব তু মন্ত্রদম্॥ ১৫৩
ন হায়নৈর্ন পলিতৈর্ন বিত্তেন ন বন্ধুভিঃ।
ঋষয়শ্চক্রিরে ধর্ম্মং যোঽনূচানঃ স নো মহান্॥ ১৫৪
বিপ্রাণাং জ্ঞানতো জ্যৈষ্ঠং ক্ষত্রিয়াণান্তু বীর্য্যতঃ।
বৈশ্যানাং ধান্যধনতঃ শূদ্রাণামেব জন্মতঃ॥ ১৫৫
ন তেন বৃদ্ধো ভবতি যেনাস্য পলিতং শিরঃ।
যো বৈ যুবাপ্যধীয়ানস্তং দেবাঃ স্থবিরং বিদুঃ॥ ১৫৬

---

মখোয়না শাউহুনা লাঙশিংগী মফমদা 'পুত্রক' হায়বা রাহৈ অসিগী অর্থ হংলক্লে। লাঙশিংনা পুন্না হায়খি—অঙাং অসিনা নখোয়বু 'পুত্রক' হায়না হায়খিবহু হাবফম্মক থোকপনি॥ ১৫২

খঙদবা মীদি অঙাংনি অহুগা জ্ঞানগী পাউতাক পীবিবহুনা ইপামক্কুম লাৎনফমনি। খঙদবদি অঙাংগা পাংখকনি, অহুগা বেদনচিংবা শাস্ত্র তম্বাববুনা ইপামক্নি হায়বাশিদি থায়নদগী হৌনা অহুম্মক হায়নরক্লবানি॥ ১৫৩॥

মহর্ষিশিংনা অস্তুন্না ধর্ম্মগা নিয়ম যাৎপিবর্ম্মা মতদি—চহি হনবনা, পোকহৌবনা, লন লৈবনা নত্রগা গুনগী সম্বন্ধ থোকপনা নত্রগা পুন্নমক অসি পুন্নপ পুনশিন্না মী অমগুদা লৈহুনস্নু মী অহুনা মথক থোংবা অচৌবা খঙগুবা য়াদে—বেদবু অঙ্গ লোয়ননা খঙবা মী অহুতনা ঐখোয়গী ইরক্তা অচৌবনি॥ ১৫৪॥

ব্রাহ্মণশিংগী অহন্দি শাগ্রজ্ঞান লৈবনা ওই, ক্ষেত্রিগীনা পাংগল লৈবনা ওই, বৈশ্যগীনা লন লৈবনা ওই অহুগা শূদ্রগীনা হান্না পোকপনা ওই॥ ১৫৫

কোক্তা পোক হৌবতনা অহল ওইদে, নহা ওইহুনস্নু শাস্ত্রগী

**যথা কাষ্ঠময়ো হস্তী যথা চর্ম্মময়ো মৃগঃ।**
**যশ্চ বিপ্রোঽনধীয়ানস্ত্রয়স্তে নাম বিভ্রতি॥ ১৫৭**
**যথা ষণ্ডোঽফলঃ স্ত্রীষু যথা গৌর্গবি চাফলা।**
**যথা চাজ্ঞেঽফলং দানং তথা বিপ্রোঽনৃচোঽফলঃ॥ ১৫৭**
**অহিংসয়ৈব ভূতানাং কার্য্যং শ্রেয়োঽনুশাসনম্।**
**বাক্ চৈব মধুরা শ্লক্ষ্ণা প্রযোজ্যা ধর্ম্মমিচ্ছতা॥ ১৫৯**
**যস্য বাঙ্মনসী শুদ্ধে সম্যগ্‌গুপ্তে চ সর্ব্বদা।**
**স বৈ সর্ব্বমবাপ্নোতি বেদান্তোপগতং ফলম্॥ ১৬০**

---

জ্ঞান চঙ্‌খোন্না লৈরবদি লাইশিংনা মহাকপু অহল ওইনা শীংথা-রম্মী॥ ১৫৬॥

বেদ হৈতবা ব্রাহ্মণদি উনা শাবা শামু নত্রগা শঙন্না শাবা শজিগা পাংখকনি—অহুম্মক অসি মমিংতা নাহবা ঙাক্কনি॥ ১৫৭॥

নপুংসকনা নূপী তিন্নবদা মহৈ য়ান্দবগুম, মশক শেংলবা ষণ মশেল তিন্নবদসু মহৈ কবিসু ফংদবগুম লাইবিক হৈতবা অপঙ্‌বদা দান তৌবসু কাবসু কান্নবা ফংদে। অহুগুমদুনা বেদ তমদ্রবা ব্রাহ্মণদি কবিগুম্বা অমত্তগীসু ওইদ্রে॥ ১৫৮॥

য়াম্না ফ্‌বা চৈবা তৌদুনা শিয্যশিংবু তম্বিবা হৌনদে। ধর্ম্ম ফংনবগীদমক তম্বীবগী থবক তৌবিবা মী অদুদি মাগী শিয্যশিংবু য়াম্না খোৎনা মেঙ্‌না অনেম্বা রাহৈ ঙাঙ্‌দুনা লোয়নবি॥ ১৫৯॥

অচুম্বনা রাঙাঙ্‌বু অদুগা অফবা রাখলনা মপূক্লিঙ্‌বু মতম পূম্বদা শেংদোক্লবা, রাঙাঙ্‌ অমসুং পূক্লিঙ্‌বু অসুম তৌনা ফত্তবা থবক্তগী মতম পুম্নমক্তা কন্ননবা হোৎনবা মী অদুনা বেদান্তগী খঙ্‌বা হৌনবা মহৈ পুম্নমক লেপ্পা ফংই॥ ১৬০॥

মশানা অরা অনা তাববসু অতোপ্পগী থম্মোই শোকহনবদি থক তৌরোইদবনি। অতোপ্পগী অমাঙ্‌বা থোক্কদবা মরমদি কৈদৌঙৈদসু থবক্তা উৎলোইদবনি, পূক্লিঙ্‌দা খল্লোইদবনি অদুদগী

নারুন্তুদঃ স্যাদার্ত্তোঽপি ন পরদ্রোহকর্ম্মধীঃ।
যয়াস্যোদ্বিজতে বাচা নালোক্যাং তামুদীরয়েৎ ॥ ১৬১
সম্মানাদ্ ব্রাহ্মণো নিত্যমুদ্বিজেত বিষাদিব।
অমৃতস্যেব চাকাঙ্ক্ষেদবমানস্য সর্ব্বদা ॥ ১৬২
সুখং হ্যবমতঃ শেতে সুখঞ্চ প্রতিবুধ্যতে।
সুখং চরতি লোকেঽস্মিন্নবমন্তা বিনশ্যতি। ১৬৩
অনেন ক্রমযোগেণ সংস্কৃতাত্মা দ্বিজঃ শনৈঃ।
গুরৌ বসন্ সঞ্চিনুয়াদ্ব্রহ্মাধিগমিকং তপঃ ॥ ১৬৪
তপোবিশেষৈর্বিবিধৈর্ব্রতৈশ্চ বিধিচোদিতৈঃ।
বেদঃ কৃৎস্নোঽধিগন্তব্যঃ সরহস্যো দ্বিজন্মনা ॥ ১৬৫

---

হেন্দোক্তুনা মীগী মথবাযদা লঙ্‌তক্লবা পোক্কদবা অমদি স্বর্গগী থোঙ্‌ থিংগদবা অদগুম্বা বাহৈদি খক শীজিন্নবোইদবনি ॥ ১৬১

ব্রাহ্মণনা মীবমলেনগী ইকাই খুম্নবু পুন্সী চুপ্পদা হুগুম্না খনগদবনি অদুগা থৌশানবিদববুনা অমৃতগুম খৌবাংগদবনি হায়বদি মীনা থৌওই উশীত্তুনা লোয়নবদা বাবৌবা তৌদনা ঙাকপিহৈবা গুণনা মত্ত খাঙ্‌গদবনি ॥ ১৬২ ॥

অসিগুম্না লাকচথিংখিবদা খাঙ্‌বা হৈনববদি মায ফাক্লক খুম্বগী হুংঙাইতবা হুংনাঙ্‌না খিবীক ইশাদা ফাওবক্তে, মবম অদুনা তুম্বা হিপ্পা হুংঙাইবকই অমস্যুং গুংঙাইবা হাযবত্তগী মশক মুন্না খঙ্‌লক্লুনা মীবমলেনগী থবক পুন্নমক থবায হুংঙাইনা পাঙ্‌থোকপা ঙম্লকই। অসুম তৌবা মতৌনা অমবোমদা থৌওই উশীত্ত লোয়নরকপা মী অদু মথন্তা নিঙঙম্লক্তবা পোক্লকই অমস্যুং পাপ অদুতনা মাগী মাঙ্‌নবা ওইবকই ॥ ১৬৩ ॥

মতৌ অসুম তৌনা মথং মথং হাযথ্রবা জাতকর্ম্ম ( পোকপগী তৌবা হৌনবা থবক ) সংস্কারনা শেংদোক্তুনা গুরুকুলদা লৈরগা দ্বিজনা বেদবু লৌশিনবা ঙম্নবা তপ তৌদুনা লৈগনি ॥ ১৬৪ ॥

অসুম তৌনা দ্বিজাতিশিংনা মখল মখা অয়াম্বা অথোইবা

বেদমেব সদাভ্যস্যেত্তপস্তপ্স্যন্ দ্বিজোত্তমঃ ।
বেদাভ্যাসো হি বিপ্রস্য তপঃ পরমিহোচ্যতে ॥ ১৬৬
আ হৈব স নখাগ্রেভ্যঃ পরমং তপ্যতে তপঃ ।
যঃ স্রগ্ব্যপি দ্বিজোঽধীতে স্বাধ্যায়ং শক্তিতোঽন্বহম্ ॥ ১৬৭
যোঽনধীত্য দ্বিজো বেদমন্যত্র কুরুতে শ্রমম্ ॥
স জীবন্নেব শূদ্রত্বমাশু গচ্ছতি সান্বয়ঃ ॥ ১৬৮
মাতুরগ্রেঽধিজননং দ্বিতীয়ং মৌঞ্জিবন্ধনে ।
তৃতীয়ং যজ্ঞদীক্ষায়াং দ্বিজস্য শ্রুতিচোদনাৎ ॥ ১৬৯

---

তপ তৌহুনা অমদি বেদনা হায়বা মখনা মখলগী সাবিত্রীনচিংবা ব্রত তৌহুনা উপনিষদকা লোয়ননা বেদ পূম্নমকপু তমশিনগনি ॥ ১৬৫ ॥

তপ তৌবা পাম্বা দ্বিজনা মতম পূম্নমক্তা বেদ তমশিনগদবনি । মপোক অসিদা ব্রাহ্মণনা তৌগদবা তপ হায়ববু বেদ তম্বনা মরোইরে, মসি মহর্ষিশিংনা হায়রম্বনি ॥ ১৬৬ ॥

লৈপরেং শিবনচিংবা ব্রহ্মচারীনা তৌবা হৌনদবা থবক ঙাক্তা তৌরবসু মুমিৎ খুদিংগী কায়দনা হেক ঙম্লিবমখৈ হোৎনহুনা বেদ তম্বদি কায়জদবা অহুগুম্বা দ্বিজ অদুগী মশাদ' খুজীন মতোন ফাওবা শীনবা থুংনা তপ তৌনিঙ্বা ময়াই পোক্লকই ॥ ১৬৭ ॥

বেদ তম্বা থাদোক্তুনা শেল থুম তান্নবা হোৎনবদা হেন্না পূক্নিঙ্ চঙ্খ্রবা দ্বিজ অদুদি হিংলিঙৈমক্তদা মাগী বংশ য়াওনা শূদ্রগা পাংথক ওইরকই ॥ ১৬৮ ॥

শ্রুতিনা হায়—দ্বিজশিংবু অহানবদা মমানা পোকপিরকই, মথংদা উপনয়ন ( নগুণ থাংবা ) তৌরবদা মাগী অনিশুবা মপোক অমুক ওই ; মথংদা যজ্ঞদীক্ষা ( মন্ত্রদীক্ষা ) অমুক ফংলবদি মাগী অহুমশুবা মপোক ওই ॥ ১৬৯ ॥

তত্র যদ্‌ব্রহ্মজন্মাস্য মৌঞ্জীবন্ধনচিহ্নিতম্।
তত্রাস্য মাতা সাবিত্রী পিতাত্বাচার্য উচ্যতে॥ ১৭০
বেদপ্রদানাদাচার্যং পিতরং পরিচক্ষতে।
ন হ্যস্মিন্ যুজ্যতে কর্ম্ম কিঞ্চিদামৌঞ্জিবন্ধনাৎ॥ ১৭১
নাভিব্যাহারয়েদ্‌ব্রহ্ম স্বধানিনয়নাদৃতে।
শূদ্রেণ হি সমস্তাবদ্‌যাবদ্বেদে ন জায়তে॥ ১৭২
কৃতোপনয়নস্যাস্য ব্রতাদেশনমিষ্যতে।
ব্রহ্মণো গ্রহণঞ্চৈব ক্রমেণ বিধিপূর্ব্বকম্॥ ১৭৩
যদ্‌যস্য বিহিতং চর্ম্ম যৎ সূত্রং যাচ মেখলা।
যো দণ্ডো যচ্চ বসনং তত্তদস্য ব্রতেষ্বপি॥ ১৭৪

---

মপোক অহুম অসিগী মরক্তা খ্বাঙ্‌লাক পুনবনা খুদম ওইনবা উপনয়ন সংস্কারগী মশক ওইবা দ্বিজশিংগী (অনিশুবা) মপোক অসিদদি গায়ত্রীনা মমানি, আচার্য্যনা মপানি॥ ১৭০॥

অসিগুম্না উপনয়ন সংস্কার নাসিদ্ৰ তৌদ্রবদি বেদনা হায়বা করিগুম্বা থবক অমত্তম্ম তৌবা য়াদে, মরম অতনা, নগুন থাংবীরিবা অমদি বেদ তাকপিরিবা আচার্য্যব্ৰ খাসিকিংনা ইপামক্লি হায়রম্বনি॥ ১৭১॥

দ্বিজাতিশিংনা নগুন থাংদ্রিংদা শ্রাদ্ধগী মন্ত্র নত্তনা বেদ উচ্চারণ তৌবা য়াদে মরমদি ব্রহ্মজন্ম ফংদ্রিমখৈদি দ্বিজশিংনা শূদ্রগুম বেদ তম্বগী হক নৌবা য়াদে॥ ১৭২

নগুন থাংলবা 'মানবক' (চহি ১৬ কী অঙাং) অদুবু লুংথিন তুমদনবা, বেদগী হৌনবী থবক তৌহনবা অমদি হৌনবী কায়দনা বেদবু লৌশিন্নবগী থৌদাং পীগদবনি॥ ১৭৩॥

চান্দ্রায়ণনচিংবা ব্রত তৌবা মতমদস্ম (প্রায়শ্চিত্ত মখল অমনি, থা পানখৎলকপগী প্রতিপদংগীনা অমাবস্যা ফাওবদা থা অমা চুপ্পা নুমিৎ খুদিংগী চাবগী নিয়ম অকক্লবা ব্রত মখল অমা) ব্রহ্মচারীনা

সেবেতেমাংস্তু নিয়মান্ ব্রহ্মচারী গুরৌবসন্।
সন্নিয়ম্যেন্দ্রিয়গ্রামং তপোবৃদ্ধ্যর্থমাত্মনঃ ॥ ১৭৫
নিত্যং স্নাত্বা শুচিঃ কুর্য্যাদ্দেবর্ষিপিতৃতর্পণম্।
দেবতাভ্যর্চ্চনঞ্চৈব সমিদাধানমেব চ ॥ ১৭৬
বর্জ্জয়েন্মধু মাংসঞ্চ গন্ধং মাল্যং রসান্ স্ত্রিয়ঃ।
শুক্তানি যানি সর্ব্বাণি প্রাণিনাঞ্চৈব হিংসনম্ ॥ ১৭৭
অভ্যঙ্গমঞ্জনঞ্চাক্ষ্ণোরুপানচ্ছত্রধারণম্।
কামং ক্রোধঞ্চ লোভঞ্চ নর্ত্তনং গীতবাদনম্ ॥ ১৭৮

---

নগুণ থাংলিডৈদা শেৎপা ইনবা ফি—শউন, লং, খ্বাঙ্লাক, চৈশু অসিনচিংবা চপ মান্নবা লৌগদবনি ॥ ১৭৪

ব্রহ্মচারীনা গুরুকুলদা লৈবা মতমদা ইন্দ্রিয় খুত্থম চন্দ্রনা মশাগী মবাইনক চাওখৎনবগীদমক ( লাইবক ফবা ওইনবগীদমক ) ঙাকফম থোকপা মখাগী নিয়ম পূর্ণমক মসি লিঙথিনা ঙাক্কদবনি ॥ ১৭৫ ॥

হমিং খুদিঙ্গী ঈরুজ্রথোক্লগা পূব্রিঙ্ মকচাং শেংনা দেব, ঋষি অমসুং ইপা ইপুশিং ( পিতৃ ) গী পেন্নবা তর্পণ তৌগনি, হবিহবনচিংবা লাইনুংসু পূজা কৎকনি অমসুং অযুক গুমিদাংবাইবম অনিমক্তা মৈ । শীং থাডনা হোম তৌগনি ॥ ১৭৬ ॥

ব্রহ্মচারীনা শা-য় চাবা থকপা তৌরোইদবনি, কর্পূর চন্দন্ন-চিংবা শোকনোইদবনি, লৈ পরেং শিরোইদবনি, চুহীনচিংবা থকলোইদবনি, নূপী শিন্নরোইদবনি, তহানবদা মশাগী অথুম্বা মহাউ চেল্লগা কোন্না অশীনবা মহাউ চেল্লকপা শঙ্গোম অফম্বনচিংবা থকলোইদবনি, থৱাযপানবা হাৎলোইদবনি ॥ ১৭৭ ॥

ব্রহ্মচারীনা মশাদা থাউ তৈফদে. মিংতা কাজল থাফদে, খোঙ্উপ তোংফদে, ছাতিন তুপ্ফদে. অপাম্বা, মিহোবা, অশাউবা অমদি পুং-ঈশে-জগোইনচিংবা থাদোক্কদবনি ॥ ১৭৮ ॥

**দ্যূতঞ্চ জনবাদঞ্চ পরীবাদং তথানৃতম্।**
**স্ত্রীণাঞ্চ প্রেক্ষণালম্ভমুপঘাতং পরস্য চ ॥ ১৭৯**
**একঃ শয়ীত সর্ব্বত্র ন রেতঃ স্কন্দয়েৎ ক্বচিৎ।**
**কামাদ্ধি স্কন্দয়ন্ রেতো হিনস্তি ব্রতমাত্মনঃ ॥ ১৮০**
**স্বপ্নে সিক্ত্বা ব্রহ্মচারী দ্বিজঃশুক্রমকামতঃ।**
**স্নাত্বার্কমর্চ্চয়িত্বা ত্রিঃ পুনর্ম্মামিত্যৃচংজপেৎ ॥ ১৮১**
**উদকুম্ভং সুমনসো গোশকৃন্মৃত্তিকাকুশান্।**
**আহরেদ্‌যাবদর্থানি ভৈক্ষঞ্চাহরহশ্চরেৎ ॥ ১৮২**
**বেদযজ্ঞৈরহীনানাং প্রশস্তানাং স্বকর্ম্মসু।**
**ব্রহ্মচার্য্যাহরেদ্ভৈক্ষং গৃহেভ্যঃ প্রয়তোঽন্বহম্ ॥ ১৮৩**

---

জ্বার শান্নবা ( শেল থানদ্রবস্থ ), অরেম্বদা মী খৎনবা, মীগী ফত্তবা ঙাঙ্‌বা—শকপা, ওইদবা রা ঙাঙ্‌বা (মীনম্বা), নূপীদা মিৎযেং চুমদবা নত্রগা মখোয়বু শোক্ল শন্নকবা অমদি মীগী মাঙ্‌নবা তৌবা —অসি পূন্নমকস্থু তৌফদে ॥ ১৭৯ ॥

ব্রহ্মচারীনা মফম মতম পূন্নমক্তা মথন্তা তূপ্‌া ইঙ্গা তৌগনি, অপাম্বা মতুংইন্না মশাগী বীর্য্য ( যেল ) মাঙ্‌হনবা তৌফরোই, কামগী ময়াইনা বীর্য্য মপান থোবহল্লবদি রানা তাল্লিবা মশাগী ব্রত অদু পূম্মাঙ্ মাঙ্‌খি ॥ ১৮০ ॥

ব্রহ্মচারী মশানা খঙ্‌দনা করিগুম্বা স্বপ্নদোষ ( মমঙ্ মহাদা নূপী তিন্নবনচিংবা ) তগী বায মপান থোকখিবা থোল্লবদি ঈরুজ- থোক্লগা সূর্য্য (নুমিৎ) পূজা তৌগনি অদুগা 'পুনর্ম্মাম্ এতু ইন্দ্রিয়ম্' ( অমুক হন্না ঐগী বীর্য্য অদু হল্লকপা ওইসনু ) অসিনচিংবা মন্ত্র অসি অহুম্লক শোনগনি ॥ ১৮১ ॥

আচার্য্যগী কান্নবা মতুংইন্না ঈশিং হোনগনি, লৈ থিগনি, ষস্থী খুনগনি, লৈপাক পেক্কনি, হোনগনি, কুশ থিগনি, অদুগা নুমিৎ খুদিঙ্‌গী ভিক্ষা নিবা চৎকনি ॥ ১৮২ ॥

ব্রহ্মচারীগী ভিক্ষা নিফমদি—বেদগী নিয়ম কায়দনা চৎপা

**গুরোঃ কুলে ন ভিক্ষেত ন জ্ঞাতিকুলবন্ধুষু।**
**অলাভে ত্বন্যগেহানাং পূর্ব্বং পূর্ব্বং বিবর্জ্জয়েৎ ॥ ১৮৪**
**সর্ব্বংবাপি চরেদ্‌গ্রামং পূর্ব্বোক্তানামসম্ভবে।**
**নিয়মো প্রয়তো বাচমভিশস্তাংস্তু বর্জ্জয়েৎ । ১৮৫**
**দূরাদাহৃত্য সমিধঃ সন্নি ধ্যাদ্বিহায়সি।**
**সায়ং প্রাতশ্চ জুহুয়াং তাভিরগ্নিমতন্দ্রিতঃ ॥ ১৮৬**
**অকৃত্বা ভৈক্ষচরণমসমিধ্য চ পাবকম্‌।**
**অনাতুরঃ সপ্তরাত্রমবকীর্ণি ব্রতং চরেৎ ॥ ১৮৭**

অমদি মাগী মাগী মনাৎ মতুং ইন্না থবক তৌড়না লেনবা অত্থুগুম্বা ইমুং অত্তুদগী মশা মউ শেংনা হুমিৎ খুদিংগী ভিক্ষা লৌগনি ॥ ১৮৩ ॥

গুরুগী শাগৈ নাইত্তে, মশাগী শাগৈ অমসুং মামাগী পোবনিন্নবা মামগী শাগৈদা ভিক্ষা খক নিবো-দবনি, ভিক্ষা নিগনি [illegible] য়ুম ফংদ্রবদি মতুংগী মতিক চাগা কনাগুম্বা ইম না ভিক্ষা [illegible]-দ্রবদি হান্নদা হায়খ্রিবা শাগৈশিং, অসিগা [illegible] অত থাদোক্লগা মাম-গী শাগৈদগী ভিক্ষা নিবা [illegible] ফংবদি [illegible] লৈরক্ত্রবদি গুরুমক্কী শাগৈদসু ভিক্ষা নিকবা যাই ॥ ১৮৪ ॥

হায়রিবা পূন্নমক অসিনসু ভিক্ষা পীনিংহিদ্রবদি মশা শেংনা, ব্রা লান চাওবা তৌদনা গ্রাম ভিক্ষা [illegible] ভিক্ষা নিগনি অতমদি ওইবগা মহাপাতক (অচৌবা পাপ তৌবা, ব্রাহ্মণ হাৎপা, যুথকপা, ব্রাহ্মণগী মনল হুবা, গুরুগী [illegible] লন্নাবা,—মশা অসিবু মহাপাতক [illegible]) কী পাপ চেংবা ইমুদি থক চঙ্‌লোইদবনি ॥ ১৮৫ ॥

ব্রহ্মচারীনা অরাপ্পদগী শীং চল্লুগা অহাঙ্‌না মথক বুপ্তবা মফমদা মতু থমগনি অতুগা অযুক অমসুং সন্ধ্যাদা অতনবা লৈতনা শীং অতুনা মৈদা হোম তৌগনি ॥ ১৮৬ ॥

মশা নাবা য়েকপা তৌবসু নত্তনা হুমিৎ ৭ নি ভিক্ষা নিদ্রবা

ভৈক্ষেণ বর্ত্তয়েন্নিত্যং নৈকান্নাদী ভবেদ্‌ব্রতী।
ভৈক্ষেণ ব্রতিনো বৃত্তিরুপবাসসমা স্মৃতা ॥ ১৮৮
ব্রতবদ্দেবদৈবত্যে পিত্র্যে কর্ম্মণ্যথর্ষিবৎ।
কামমভ্যর্থিতোঽশ্নীয়াদ্‌ ব্রতমস্য ন লুপ্যতে ॥ ১৮৯
ব্রাহ্মণস্যৈব কর্ম্মৈতদুপদিষ্টং মনীষিভিঃ।
রাজন্যবৈশ্যয়োস্ত্বেবং নৈতৎ কর্ম্ম বিধীয়তে ॥ ১৯০
চোদিতো গুরুণা নিত্যমপ্রচোদিত এব বা।
কুর্য্যাদধ্যয়নে যত্নমাচার্য্যস্য হিতেষু চ ॥ ১৯১

অদুগা অয়ুক নুমিদাং রাইরমদা শীং হুন্দুনা মৈদা হোম তৌদ্রবদি ব্রহ্মচারী অদু 'অবকীর্ণি ( ব্রত কায়বগী দোষ কোন্নবা ) কৌবা প্রায়শ্চিত্ত অদু তৌগদবনি ॥ ১৮৭ ॥

ব্রহ্মচারীনা নুমিৎ খূদিঙ্গী ভিক্ষা নিবদা মী অমত্তদগী ভিক্ষা লৌরোইদবনি। অসুম্না ভিক্ষাদগী ফংলকপা চেঙ্‌ চাদুনা ব্রহ্মচারীনা হিংনবা হোৎনবা অসিবুদি, ঋষিশিংনা চরা হেনবগা পাংথক ওইনা পুণ্য চেল্লি হায়না তাকপিরম্মী ॥ ১৮৮ ॥

কনাগুম্বনা ঈশ্বরগী পেন্ননবা তৌবা ব্রাহ্মণ ভোজন-দা ব্রহ্মচারী ওইবা মীবু বার্ত্তোন তৌরক্লবদি শা য়ু শোবপা য়াদে, মাগী ব্রহ্মচারী ব্রত অদুগা মান্ননা চাবা থকপ তৌরুগনি অদুগা মীনা মপা মপুগী পেন্ননবা তৌবা শ্রাদ্ধনচিংবা উৎসবতনা সন্ন্যাসীনা চাবা য়াবমখৈদং চাগনি—মদুম তৌরবদি মানা মাগী মচেঙ্‌ চাবগী অমদি নিদুনা চাবা হায়বা ব্রত অদু কায়বগী দোষ চঙ্‌দে ॥ ১৮৯ ॥

মহর্ষিশিংনা ব্রাহ্মণ-ব্রহ্মচারীবুদি অতোপ্পগী দেবযজ্ঞ অমদি পিতৃশ্রাদ্ধ ( লাইগী অমদি মপা মপুগী পেন্ননবা তৌবা ) নচিংবা তৌফমদা অসুম্না মীচেঙ্‌ চাবা য়াবগী য়াথং পীরম্মী। ক্ষেত্রি অমসুং বৈশ্য ব্রহ্মচারীশিংগীদি ভিক্ষা নিবা নত্তনা অসুম্না চাবা য়াবগী নিয়ম লৈতে ॥ ১৯০ ॥

আচার্য্যনা থৌদাবা থৌদাদবা নাইদনা ব্রহ্মচারীনা নুমিৎ

শরীরঞ্চৈব বাচঞ্চ বুদ্ধিন্দ্রিয়মনাংসি চ।
নিয়ম্য প্রাঞ্জলিস্তিষ্ঠেদ্বীক্ষমাণো গুরোর্মুখম্ ॥ ১৯২
নিত্যমুদ্ধৃতপাণিঃ স্যাৎ সাধ্বাচারঃ সুসংযতঃ।
আস্যতামিতি চোক্তঃ সন্নাসীতাভিমুখং গুরোঃ ॥ ১৯৩
হীনান্নবস্ত্রবেষঃ স্যাৎ সর্ব্বদা গুরুসন্নিধৌ।
উত্তিষ্ঠেৎ প্রথমঞ্চাস্য চরমঞ্চৈব সংবিশেৎ ॥ ১৯৪
প্রতিশ্রবণসম্ভাষে শয়ানো ন সমাচরেৎ।
নাসীনো ন চ ভুঞ্জানো ন তিষ্ঠন্ ন পরাঙ্মুখঃ ॥ ১৯৫
আসীনস্য স্থিতঃ কুর্য্যাদভিগচ্ছংস্তু তিষ্ঠতঃ।
প্রত্যুদ্গম্য ত্বব্রজতঃ পশ্চাদ্ধাবংস্তু ধাবতঃ ॥ ১৯৬

---

খুদিঙ্গী বেদ তমগদবা অমদি গুরুগী কান্নবা তৌগদবনি ॥ ১৯১ ॥

পূক্নিঙ্, হবচাং, ৱাহৈ, ইন্দ্রি অমসু বাখল পূন্নমক লাক-শিন্দুনা ব্রহ্মচারীনা হুমিৎ খুদিঙ্গী মখূৎ লোন্নত্তুনা গুরুগী মায়-থোংদা মিৎ থম্নগা লেপ্তুনা লৈগনি । ১৯২ ॥

অসুম তৌনা পূক্নিঙ্ লৈত্তাববা অমদি লমচৎ ফজবা ব্রহ্মচারীনা মশানা ইল্লিবা ফিদগী যেৎকী মখূৎ তিংথে ত্তূনা ( য়েৎকী শেগা গুস্থত্তুনা ফি ইল্লগা ) গুরুনা 'ফম্মু' হায়না য়াথং পীবিরবদা গুরুগী মাঙ্দা ফমথগনি ॥ ১৯৩ ॥

গুরুগী নাক্তা লৈরিবৈ মতম পূম্নমক্তা শিষ্যগী শেৎপা চাবা পূম্নমক গুরুদগী তোন্থগদবনি অমসুং গুরুনা তুমথ্রবদা ( হিপথ্রবদা ) শিষ্যনা কোম্না হিপকদবনি ॥ ১৯৪ ॥

হিপ্না হিপ্না, ফম্না ফম্না, চানা চানা অমদি অবাক্নদা লেপ্না লেপ্না নত্রগা মায়কৈ অমদা মায় লৈথোক লৈথোক্না গুরুগী য়াথং তাবা নত্রগা গুরুগা কোন-ঙাঙ্নবা খক তৌরোইদবনি ॥ ১৯৫ ॥

গুরুনা আসন্দা ফম্না ফম্না য়াথং তৌরক্লবদি শিষ্যনা হোৌগত্তুনা অদুগা গুরুনা লেপ্না লেপ্না য়াথং তৌরগনা শিষ্যনা মাগী মমাঙ্দা

পরাঙ্মুখস্যাভিমুখো দূরস্থস্যেত্য চান্তিকম্।
প্রণম্য তু শয়ানস্য নিদেশে চৈব তিষ্ঠতঃ ॥ ১৯৭
নীচং শয্যাসনঞ্চাস্য সর্ব্বদা গুরুসন্নিধৌ।
গুরোস্তু চক্ষুর্বিষয়ে ন যথেষ্টাসনো ভবেৎ ॥ ১৯৮
নোদাহরেদস্য নাম পরোক্ষমপি কেবলম্।
ন চৈবাস্যানুকুর্ব্বীত গতিভাষিত চেষ্টিতম্ ॥ ১৯৯
গুরোর্যত্র পরীবাদো নিন্দা বাপি প্রবর্ত্ততে।
কর্ণৌ তত্র পিধাতব্যৌ গন্তব্যং বা ততোঽন্যতঃ ॥ ২০০

---

চঙ্‌শিন্দুনা অতুগা গুরুনা চঙ্‌শিন চঙশিল্লক্লা য়াথং তৌরগন। শিষ্যনা মঙোন্দা চঙ্‌শিন্দুনা, গুরুনা থুনা তফিং তফিং চৎনা চৎনা য়াথং তৌরগনা শিষ্যনা মাগী মতুংদা চেন্না চেন্না ইন্দুনা মাগী ময়াথং অতু লৌগনি নত্রগা কৌনবা ঙাঙ্‌নবা তৌগনি ॥ ১৯৬ ॥

গুরুনা অতোপ্পা অমদা মায় ওন্থোক্তনা লৈরবদি শিষ্যনা মাগী মমাঙ্‌দা চঙ্‌শিন্দুনা গুরুনা থাপ্পা লৈবগা শিষ্যনা মনাক নকশিন্না চঙ্‌তুনা, গুরুনা হিপ্পা নত্রগা নক্কনা লৈরগনা শিষ্যনা মরু লূক্তুনা মাগী য়াথং তাগনি অমসুং কৌন ঙাঙ্‌না তৌগনি ॥ ১৯৭

গুরুগী মনাক নক্লা শিষ্যগী আসন ( ফিদা ) নত্রগা হিপফম শেম্বা তারবদি মত গুরুগী আসন নত্রগা হিপফমদগী নেমথহনবা হৌনৈ। গুরুনা পাক হেক্তা উগদবা মফমদা শিষ্যনা মনিঙ্‌ তৌনা মখোঙ্‌ মখূৎ তিংথোক্তনা ফমলোইদবনি ॥ ১৯৮ ॥

গুরুগী তুংদা রাঙাঙ্‌বদা উপাধ্যায় ( ওজা ), আচার্য্য অসিন-চিংবা থৌগল রাহৈ যাওদনা গুরুগী মিং থক হায়রোইদবনি নত্রগা গুরুনা চৎপা শাজৎ, থবক অমদি গুরুগী রাঙাঙ্‌ শাঙাঙ্‌ পুন্নমক মতৌ তমতুনা ফাগি থক তৌবোইদবনি ॥ ১৯৯ ॥

করিগুম্বদা গুরুগী অশেংবা দোষ পুথোক্লুনা নত্রগা ওইদবদা দোষ পীশিন্দুনা ঙাঙ্‌নরম্বা মফমদা শিষ্যনা লৈরুবা থোক্লবদি মখূৎনা

**পরীবাদাৎ খরো ভবতি শ্বা বৈ ভবতি নিন্দকঃ।**
**পরিভোক্তা কৃমির্ভবতি কীটো ভবতি মৎসরী॥ ২০১**
**দূরস্থো নার্চ্চয়েদেনং ন ক্রুদ্ধো নান্তিকে স্ত্রিয়াঃ।**
**যানাসনস্থশ্চৈবৈনমবরুহ্যাভিবাদয়েৎ॥ ২০২**
**প্রতিবাতেঽনুবাতে চ নাসীত গুরুণা সহ।**
**অসংশ্রবে চৈব গুরোর্ন কিঞ্চিদপি কীর্ত্তয়েৎ॥ ২০৩**

---

নাকোঙ্ অনিমক মেনশিনগদবনি নত্রগা অতোপ্পা মফমদা চথোক-থিগদবনি ॥ ২০০ ॥

গুরুবু নোক্নবগা গাধা, নিন্দা তৌবগনা হূই, মবম চুমদনা গুরুগী মচাক মবল শীজিন্নরুবগনা তীল হলনচিংবা অতৃগা গুরুগী চাওখৎপা উবগা খাঙ্বা ঙমদবা ওইববদি কৌজেঙ্ হাবৌ ওইনা পোক্কনি ॥ ২০১ ॥

মথন্তা চৎপা ঙমলিবা শিয্যনা মশামন্না চত্তনা মী থাত্তুনা গুরুবু মালা-চন্দননচিংবনা পূজ তৌহল্লোইদবনি। শাউনা শাউনা গুরুগী পূজা কৎহৈদে অতৃগা গুরুনা মাগী নুপীগা হেদো-হেদাউ রাখন্দা ( লৈপুনগী মতমদা ) লৈবিঙৈদা মহাকপু খুরুমলুযদে। শিয্যনা দোলাইনচিংবা তোংলবদি গুরুব্ উবদা লৈপাক্তা কুমথবগা খুরুম গদবনি ॥ ২০২ ॥

গুরুদগী হুম্নকপা নুংশিৎনা শিয্যদা, শিয্যদা হুম্নম্বা নুংশিৎনা গুরুদা যৈকববু প্রতিবাত অমদি অনুবাত হাযনা কৌই। কবিগুম্বা ইশাগী মনম নত্রগা বাঙাঙ্বদা তিলনচিংবা চোংখিবা যাই খন্দুনা হাযবিবা প্রতিবাত অমদি অনুবাত অসিগী শউম্ মতুংইন্না শিয্যনা গুরুগা ফম্মিন্নবোইদবনি। অতৃমদি ওইবগা গুরুনা বা তাগদবা মকমদদি ফমগদবনি অতৃগা গুরুনা তাবা ফংলোইদবা রাদি খক হায়বোইদবনি ॥ ২০৩ ॥

গোঽশ্বোষ্ট্র-যান-প্রাসাদ-প্রস্তরেষু কটেষু চ।
আসীত গুরুণা সার্দ্ধং শিলা-ফলক-নৌষু চ ॥ ২০৪
গুরোর্গুরৌ সন্নিহিতে গুরুবদ্বৃত্তিমাচরেৎ।
ন চানিসৃষ্টো গুরুণা স্বান্ গুরূনভিবাদয়েৎ ॥ ২০৫
বিদ্যাগুরুষ্বেতদেব নিত্যা বৃত্তিঃ স্বযোনিষু।
প্রতিষেধৎসু চাধর্ম্মান্ হিতঞ্চোপদিশৎস্বপি ॥ ২০৬
শ্রেয়ঃসু গুরুবদ্বৃত্তিং নিত্যমেব সমাচরেৎ।
গুরুপুত্রেষু চার্য্যেষু গুরোশ্চৈব স্ববন্ধুষু ॥ ২০৭
বালঃ সমানজন্মা বা শিষ্যো বা যজ্ঞকর্ম্মণি।
অধ্যাপয়ন্ গুরুসুতো গুরুবন্মানমর্হতি ॥ ২০৮

---

গুরু শিষ্য পুন্না লৈমিন ফম্মিন্নবা যাবা মফমদি—সণগাড়ী, শগোলগাড়ী, উটনা চিংবা গাড়ী, দলান মথক্কী নুঙ্না চনবা মাংগোন. নাপীনা শাবা আসন, নূংপাক মথক, উনা শাবা আসন নক্লগা হি তোংবা মতমদদি য়াই ॥ ১০৪ ॥

আচার্য্যগী আচার্য্যা লাক্লবদি মাগী মফমদসু গুরুদা তৌবগুম খুরুম-খাজত্ তৌগনি। শিষ্যনা গুরুগী য়ুমদা লৈরিঙৈদা মমা মপা, মতোন্নচিংবা মশাগী গুরুজনশিং গুরুগী য়াথং ফংদনা খক খুরুম-লোইদবনি ॥ ১০৫ ॥

আচাযাগী রা ডাকসু নত্তে, ইহৈ তম্বীবা গুরু, ঈ গী মরী লৈবা ইখুড়ানচিংবা, ধর্ম্ম কাযবা থবক তৌরগদবদগী থিংবিখিবা মী অদুগা কান্ন-পাউতাক পীবা মীগী মফমদদি গুরুদা চৎপা ব্যবহার পুন্নমক অদু উৎকনি ॥ ২০৬ ॥

বিদ্যা অমসুং তপস্যানচিংবদা মপূং ফানা হেনখ্রবা মীওই, চহি হনখিবা গুরুগী মচানিপা অমদি গুরুগা মপা মতোননচিংবা শাগৈ নাতৈশিংদা গুরুগুম্না থৌগল্লোন ব্যবহার উৎকনি ॥ ১০৭ ॥

চহি হন্থবা নক্লগা লেংমান্নবসু ওইসনু নক্লগা যজ্ঞবিদ্যানচিংবদা

উৎসাদনঞ্চ গাত্রাণাং স্নাপনোচ্ছিষ্টভোজনে।
ন কুর্য্যাদ্‌গুরুপুত্রস্য পাদয়োশ্চাবনেজনম্‌ ॥ ২০৯
গুরুবৎ প্রতিপূজ্যাঃ স্যুঃ সবর্ণা গুরুযোষিতঃ।
অসবর্ণাস্তু সম্পূজ্যাঃ প্রত্যুত্থানাভিবাদনৈঃ ॥ ২১০
অভ্যঞ্জনং স্নাপনঞ্চ গাত্রোৎসাদনমেব চ।
গুরুপত্ন্যা ন কার্য্যাণি কেশানাঞ্চ প্রসাধনম্‌ ॥ ২১১
গুরুপত্নী তু যুবতির্নাভিবাদ্যেহ পাদয়োঃ।
পূর্ণবিংশতিবর্ষেণ গুণদোষৌ বিজানতা ॥ ২১২
স্বভাব এষ নারীণাং নরাণামিহ দূষণম্‌।
অতোঽর্থান্ন প্রমাদ্যন্তি প্রমদাসু বিপশ্চিতঃ ॥ ২১৩
অবিদ্বাংসমলং লোকে বিদ্বাংসমপি বা পুনঃ।
প্রমদা হ্যুৎপথং নেতুং কামক্রোধবশানুগম্‌ ॥ ২১৪

---

শিষ্যসু ওইসনু, গুরুগী মচানা বেদ তম্বীবা থোক্লবদি মহাকপু গুরুগুম্না ইকাই খুম্নগনি ॥ ২০৮ ॥

গুরুগী মচাবু গুরুগুম্না মশা নোইবা, ঈরুজবা, অবেম্বা চাবা নত্রগা মখোঙ্‌ হাম্বদি তৌবোইদবনি ॥ ২০৯ ॥

গুরুগী বর্ণ তিন্নবী নূপীশিংবু গুরুগুম পূজা তৌগনি অদুগা বর্ণ তিন্নদবী ওইববদি মখোযগী মখোঙ্‌ শোকপদি যাওদনা চুম্নগী হৌগৎপা অমদি খুরুম্বদং তৌদুনা ইকাই খুম্নবা উৎকনি ॥ ২১০ ॥

গুরুগী নূপীগী মশাদা থাউ তৈবা, মহাকপু ঈরুজবিবা, মশা নোইবীবা নত্রগা মাগী মশম মনা হাৎপিবনচিংবা তৌবোইদবনি ॥ ২১১ ॥

দোষ গুণ শেংনা খঙ্‌বা মতাং ওইববা শিষ্য পাখংনা নহা ওইবিবী (যুবতী) গুরুগী নূপীবু মখোঙ্‌ শোক্লা খুরুম্বা যাদে ॥ ২১২ ॥

মীওইববু মকশিলহনবনা নূপীগী হৌনশানি, মবম অসিনা পণ্ডিতশিংদি নূপীগী মবমদা কৈদৌঙৈদসু মযাই কাখিদে ॥ ২১৩ ॥

তাইবঙ পানবা অসিদা হকচাংগী ধর্ম্ম মতুংইন্না মীওইবনা

**মাত্রা স্বস্রা দুহিত্রা বা ন বিবিক্তাসনো ভবেৎ।**
**বলবানিন্দ্রিয়গ্রামো বিদ্বাংসমপি কর্ষতি।। ২১৫**
**কামন্তু গুরুপত্নীনাং যুবতীনাং যুবা ভুবি।**
**বিধিবদ্বন্দনং কুর্য্যাদসাবহমিতি ব্রুবন্॥ ২১৬**
**বিপ্রোষ্য পাদগ্রহণমন্বহং চাভিবাদনম্।**
**গুরুদারেষু কুর্ব্বীত সতাং ধর্ম্মমনুস্মরন্॥ ২১৭**
**যথা খনন্ খনিত্রেণ নরো বার্য্যধিগচ্ছতি।**
**তথা গুরুগতাং বিদ্যাং শুশ্রূষুরধিগচ্ছতি॥ ২১৮**

---

অপান্বা অশাউবনচিংবা ইন্দ্রিশিংগী মখা পোল্লি; মরম অদুনা মহে হৈবসু ওইসনু, মূর্খসু ওইসনু নূপী ওইবীশিংনা নিপাশিংবু ইরায় লায়না খোঙ্ফম নান্থোকহনবা ঙম্মী ।। ২১৪ ।।

মমা, মচে নত্রগা মচল, মচানূপী অসিনচিংবমকসু অচীকপদা নিপাগা লৈমিন্নবা হৌনদে। মীওইবগী ইন্দ্রিশিং অসিদি অসুপকী মতিক কল্লি মদুদি, জ্ঞান লৈরবা মীশিংগী থম্মোই ফাওবা মখোয়না লায়না চিংবা ঙম্মী ।। ২১৫ ।।

পাখং ওইরিবা শিষ্যনা মাগী অপাঙ্গা মতুংইন্না গুরুগী নূপীগী মখোঙ্দি শোক্তনা 'ঐ মিং অদু কৌবনি, নহাকপু খুরুমজরি—' অসি হায়দুনা লৈতানা খুরুনগনি ।। ২১৬ ।।

লংফৈদগী হল্লকপা পাখং ওইবা শিষ্যনা ফজবী লোনচৎনা অহানবা উন্নবা নুমিত্তা অহল ওইবী গুরুগী নূপীবু মখোঙ্ শোক্না খুরুমগনি; অদুগা মতুং তাবদি নুমিৎ খুদিঙ্গী মহাকপু মখোঙ্ শোকপা তৌদনা লৈতানা খুরুমদুনা ইকাই খুম্নগনি ।। ২১৭ ।।

কনাগুম্বা অমনা লৈপাক তৌননবা খুৎলাইনা লৈপাক অসুম তৌরকপদা ঈশিং ফংলকপগুমনা নিঙ্থিনা সেবা তৌবদা মথল্লায় য়াওবা শিষ্যদি মথং মথং ওইনা গুরুগী মহে পূম্নমক ফংলকই ।। ২১৮ ।।

মুণ্ডো বা জটিলো বা স্যাদথবা স্যাচ্ছিখাজটঃ।
নৈনংগ্রামেহভিনিম্লোচেৎ সূর্য্যো নাভ্যুদিয়াৎক্কচিৎ॥ ২১৯
তঞ্চেদভ্যুদিয়াৎ সূর্য্যঃ শয়ানং কামচারতঃ।
নিম্লোচেদ্বাপ্যবিজ্ঞানাজ্জপন্নুপবসেদ্দিনম্॥ ২২০
সূর্য্যেণ হ্যভিনির্ম্মুক্তঃ শয়ানোহভ্যুদিতশ্চ যঃ।
প্রায়শ্চিত্তমকুর্ব্বাণো যুক্তঃ স্যান্মহতৈনসা॥ ২২১
আচম্য প্রয়তো নিত্যমুভে সন্ধ্যে সমাহিতঃ।
শুচৌ দেশে জপন্ জপ্যমুপাসীত যথাবিধি॥ ২২২
যদি স্ত্রী যদ্যবরজঃ শ্রেয়ঃ কিঞ্চিৎ সমাচরেৎ।
তৎ সর্ব্বমাচরেদ্‌যুক্তো যত্র বাস্য রমেন্মনঃ॥ ২২৩

---

মশম পূমকোক কোক্লবা নত্রগা মকোক্তা জটা পুরবা নত্রগা শিখাদং খাক্লগা মশম অতৈ কোকথোক্লবা অসিগুম্বা ব্রহ্মচারী মখল অহুম্মক অসিনা নুমিৎ থোকপা অমদি তাবা মতমদা খুল্লক্তা তুম-লোইদবনি হায়বদি নুমিৎ থোকপা তাবা তৌগ্নিবৈদা উমংনচিংবদা চত্তুনা যুমদগী মপান থোক্লগা সন্ধ্যাগী হৌনবী আরাধন তৌগদবনি ॥ ২১৯ ॥

ব্রহ্মচারীনা মনিঙ্ তৌনা হিপত্থনা লৈথোকল্লিবৈদা নুমিৎ থোকপা নত্রগা তাখিবা থোক্লবদি, মহ্ মানা খঙ্নবু ওইরবস্নু খঙ্দনবু ওইরবস্নু, মথৌ তৌহৌদবগী পাপ অতুগীদমক নুমিৎ চুপ্পহুম গায়ত্রী জপ তৌহনা চরা হেল্লগা অহিংদা চাগদবনি ॥ ২২০ ॥

অস্লুনা তুমলি হিপলিবৈদা নুমিৎ থোকপা তাবা ওইখ্রবদি অতুগা হায়রিবা প্রায়শ্চিত্ত অসি তৌজবদি মচৌবা পাপ লঙ্জবা হায়বহ ওই ॥ ২২১ ॥

ব্রহ্মচারীনা নুমিৎ খুদিঙগী অশেংবা মফমদা ফমহনা আচমন তৌরগা পূক্নিঙ্ অনি লোঙ্দনা হৌনবী মতুংইন্না গায়ত্রী জপ তৌহনা সন্ধ্যা অনিমক্তা উপাসনা তৌগনি ॥ ২২২ ॥

আচার্য্যগী নুপীনচিংবনা নত্রগা শূদ্রনা মখোয়না তৌবা য়াদবদি

**ধর্ম্মার্থাবুচ্যতে শ্রেয়ঃ কামার্থৌ ধর্ম্ম এব চ।**
**অর্থ এবেহ বা শ্রেয়স্ত্রিবর্গ ইতি তু স্থিতিঃ ॥ ২২৪**
**আচার্য্যশ্চ পিতা চৈব মাতা ভ্রাতা চ পূর্ব্বজঃ।**
**নার্ত্তেনাপ্যবমন্তব্যা ব্রাহ্মণেন বিশেষতঃ ॥ ২২৫**
**আচার্য্যো ব্রহ্মণো মূর্ত্তিঃ পিতা মূর্ত্তিঃ প্রজাপতেঃ।**
**মাতা পৃথিব্যা মূর্ত্তিস্তু ভ্রাতা স্বো মূর্ত্তিরাত্মনঃ। ২২৬**

---

নত্তবা মঙ্গলগী ওইবা কবিগুম্বা থবক অমা পাঙ্থোক্নবা ভৌরবদি, অত্বগুম্বা থবক অত্বদা ব্রহ্মচারীনা থৱায় য়াওশিনবীবা য়াই অত্বগা শাস্ত্রনা য়াদবদি নত্তবা অত্বগুম্বা অতৈ থবক্তা মপূক্নিঙ্ পেন্নবস্নু মহাক্না তৌজবা য়াই ॥ ২২৩ ॥

কনাগুম্বনা ধর্ম্ম অমসুং অর্থ অনি অসিবু কাম ( অপাম্বা ) গী মরম ওইবনা অথোইবনি হায, কনানা অমুক অর্থ অমসুং কাম অনি অসিনা নুংঙাইবগী মরুনি অত্বগা কনা অমনদি ধর্ম্মতবু অর্থ অমসুং কামগী হৌফমনি অত্বনা মসিনা অহেনবনি অত্বগা কনা অমনা অমুক অর্থতনা ( লল ) ধর্ম্ম অমসুং কাম ( অপাম্বা ) গী হৌফম ওইবনা মানা হেল্লি অস্নুন্না হাযনৈ; অসিগুম্না অমগা অমগা বিরুদ্ধ ( তিন্নদবা ) ভাব লৈনবা অহুম অসিমক মহৈ য়ালহনবা মবমঙাক্তা ওইবনা অথোইবা ঙাকনি, মসি অবেপ্পা রাফমনি ॥ ২২৪ ॥

বেদ তম্বীবা আচার্য্যনা বেদান্তগী মশক খঙ্হনবীবনা পরমাত্মাগী মূর্ত্তিনি, অপোকপা ইপানা পোকপিবা মবন্না প্রজাপতিগী মশক্নি, ইমানা গর্ভদা পুরীবকপনা পৃথিবী ( লৈপাক লৈম ) গী মশক্নি অত্বগা পোকমিন্নবা ইচিল ইনাউনা ঐ ইশাগী অনিগুবা মূর্ত্তিনি—মরম অত্বনা মখোয় পূন্নমক অসিবু থৌওইদনা লোয়নবা হৌনদে। মরম অত্বনা কনাগুম্বনা করিগুম্বদা য়ান্নমক অৱা অনা নংত্বনস্নু (থোইদোক্না ব্রাহ্মণশিংনা) মশাগী আচার্য্য মপা মমা অমসিং ময়াম্বা মখোয় অসিবু উশীৎ থৌওইদবা উৎলোইদবনি ॥ ২২৫—২২৬ ॥

**যং মাতাপিতরৌ ক্লেশং সহেতে সম্ভবে নৃণাম্।**
**ন তস্য নিষ্কৃতিঃ শক্যা কর্ত্তুং বর্ষশতৈরপি ॥ ২২৭**
**তয়োর্নিত্যং প্রিয়ং কুর্য্যাদাচার্য্যস্য চ সর্ব্বদা।**
**তেষ্বেব ত্রিষু তুষ্টেষু তপঃ সর্ব্বং সমাপ্যতে। ২২৮**
**তেষাং ত্রয়াণাং শুশ্রূষা পরমং তপ উচ্যতে।**
**ন তৈরভ্যননুজ্ঞাতো ধর্ম্মমন্যং সমাচরেৎ ॥ ২২৯**
**ত এব হি ত্রয়ো লোকাস্ত এব ত্রয় আশ্রমাঃ।**
**ত এব হি ত্রয়ো বেদাস্তএবোক্তাস্ত্রয়োঽগ্নয়ঃ ॥ ২৩০**
**পিতা বৈ গার্হপত্যোঽগ্নির্মাতাগ্নির্দক্ষিণঃ স্মৃতঃ।**
**গুরুরাহবনীয়স্তু সাগ্নিত্রেতা গরীয়সী ॥ ২৩১**

---

মচাশিংবু পোকপদা মমা মপানা থাঙ্‌বিখিবা অন্নাবশিং অদু চহি ১০০। ১০০ চঙ্‌হুনস্তু মচানা মতুগী লম্মন খক শিংবা ঙমদে। ॥ ২২৭ ॥

হুমিৎ খূদিঙ্‌গী মমা মপা অমসু়ং আচার্য্যনা যাবা থবক্তমক তৌগনি ( পেলহন্নবা হোৎনগনি ), অহুম অসিনা পেনবিরবদি তপ ( লাইনিঙ্‌ ) পূন্নমক মহৈ য়ানবা ওই ॥ ২২৮ ॥

পণ্ডিতশিংনা হায়—ইমা ইপা অমসুং আচার্য্য অহুম অসিগী সেবা তৌবদি অথোইবা লাইনিঙ্‌নি। মখোযগী ময়াথং লৌদনা অতোপ্পা করিগুম্বা ধর্ম্মগী থবক তৌফদে ॥ ২২৯ ॥

মখোয় অহুম অসিমকনা মরোল অহুম ফংনবগী মরমনি, অহুম অসিনা ( চঙ্‌বা শিবা অনিমক্কী ) চঙ্‌জফম মশক্নি, অহুম অসিনা বেদ অহুমনি অমসুং অহুম অসিনা মৈ মথল অহুমনি ॥ ২৩০ ॥

ইপানা 'গার্হপত্য' ( য়ূমগী মপু=য়ূমলিংবা মীশিংনা য়ূমদা লেঙ্‌দনা থম্নবা মৈ ) কোবা মৈ অতুনি, ইমানা 'দক্ষিণাগ্নি' [গার্হ-পত্যদগী লৌথোক্লগা মথারোমদা ( য়েৎওইননা ) হৌবা যজ্ঞগী মৈ মথল অমনি] নি অহুগা গুরু (আচায্য) না 'আহবনীয়' ( যজ্ঞগী মৈ

ত্রিষ্বপ্রমাদ্যন্নেতেষু ত্রীন্ লোকান্ বিজয়েদ্‌গৃহী।
দীপ্যমানঃ স্ববপুষা দেববদ্দিবি মোদতে॥ ২৩২
ইমং লোকং মাতৃভক্ত্যা পিতৃভক্ত্যা তু মধ্যমম্।
গুরুশুশ্রূষয়াত্বেব ব্রহ্মলোকং সমশ্নুতে॥ ২৩৩
সর্ব্বে তস্যাদৃতা ধর্ম্মা যস্যৈতে ত্রয় আদৃতাঃ।
অনাদৃতাস্তু যস্যৈতে সর্ব্বাস্তস্যাফলাঃ ক্রিয়াঃ॥ ২৩৪
যাবত্ত্রয়স্তে জীবেয়ুস্তাবন্নান্যং সমাচরেৎ।
তেষ্বেব নিত্যং শুশ্রূষাং কুর্য্যাৎ প্রিয়হিতে রতঃ॥ ২৩৫
তেষামনুপরোধেন পারত্র্যং যদ্‌যদাচরেৎ।
তত্তন্নিবেদয়েৎ তেভ্যো মনোবচনকর্ম্মভিঃ॥ ২৩৬

---

মখল অমা ) কৌবা মৈ অহুনি হায়না খঙ্‌নৈ—মৈ মখল অহুম অসিমক তাইবঙ্ পানবদা থোইদোকপা মক্তনি ॥ ২৩১ ॥

মমা মপা অমসুং গুরু—অহুম অসিবু থৌশাদবা তৌদবা লুনা তৌবা) ব্রহ্মচারী অহুদি মরোল অহুম্মক জয় তৌবা ঙম্মী অমসুং চঙ্‌না চঙ্‌না মঙান চাউনা হুমিৎনচিংবা লাইশিংগা পাংথক ওইনা স্বর্গদা লৈবগুম মক্ত্রবা হুংঙাইবা ফংই ॥ ২৩২ ॥

মমাদা তৌবা ভক্তিনা ভূর্লোক ( পৃথিবী ), মপাগী ভক্তিনা অন্তরীক্ষলোক ( অহাঙ্‌বা লম=আতিয়া ) অহুগা গুরুভক্তিনা ব্রহ্মলোক ( ব্রহ্মাগী লৈফম ) ফংই ॥ ২৩৩ ॥

মমা মপা অমসুং আচার্য্য অহুম অসিবু লুনা তৌবা মী অহুদি মানা তৌজবা ধর্ম্ম কর্ম্ম পূম্নমক লেপ্পমক মহৈ য়াল্লি। অহুগা অহুম অসিবু তাথীরবা ( লুনা তৌদ্রবা ) মীওই অহুদি মাগী ধর্ম্ম কর্ম্ম পূম্নমক ফনা তৌহুনসু অরেম্বা ওই ॥ ২৩৪ ॥

অহুম অসিনা হিংলিঙৈ মখৈদি মখোয়গী ময়াথং য়াওদনা ধর্ম্ম কর্ম্ম অমত্তসু মরন্নাই তৌবা য়াদে। হুমিৎ খূদিঙ্‌গী ওইনা মখোয়না পাম্বা থবক অমদি মখোয়গী কান্নবা তৌহুনা সেবা তৌগনি ॥ ২৩৫ ॥

মখোয়গী সেবা তৌবদা কায়হনবা তৌদনা মশানা, মপূক্লিঙ না

ত্রিষ্বেতেষ্বিতিকৃত্যং হি পুরুষস্য সমাপ্যতে।
এষ ধর্ম্মঃ পরঃ সাক্ষাদুপধর্ম্মোঽন্য উচ্যতে॥ ২৩৭
শ্রদ্দধানঃ শুভাং বিদ্যামাদদীতাবরাদপি।
অন্ত্যাদপি পরং ধর্ম্মং স্ত্রীরত্নং দুষ্কুলাদপি॥ ২৩৮
বিষাদপ্যমৃতং গ্রাহ্যং বালাদপি সুভাষিতম্।
অমিত্রাদপি সদ্বৃত্তমমেধ্যাদপি কাঞ্চনম্॥ ২৩৯

---

অমদি মরাহৈনা লাইরমলেনদা অফবা ফল ফংনিঙ্তুনা করিগুম্বা ধর্ম্ম কর্ম্ম থরদং তৌখিবা লৈরবস্থু মতু 'ঐনা থবক অসি তৌজরুরে' অস্থম হায়না মখোয়দা হায়জগনি ( নিজগনি )॥ ২৩৬॥

মরমদি অহুম অসিবু মখোয়না পেন্ননবা সেবা তৌরবদি নিপা ওইবশিংনা শ্রৌত ( শ্রুতিনা হায়বা ধর্ম্মনচিংবা ), স্মার্ত্ত ( স্মৃতিনা হায়বা ধর্ম্ম ) গী ধর্ম্ম কর্ম্ম পূন্নমক পাঙ্থোকপা লোইখ্রবনি, মরম অহুনা মখোয়গী সেবা তৌবনা খ্বায়দগী হেনবা ধর্ম্মনি। অসি নত্তবা অগ্নিহোত্র (নুমিৎ খুদিঙ্গী ওইনা মৈদা হোম তৌবা) নচিংবা লৈরিবা ধর্ম্ম কর্ম্ম অতৈ অহুদি উপধর্ম্ম ( তোম্বা ধর্ম্মগী থবক ) ঙাক্তনি হায়না শীংথানৈ॥ ২৩৭॥

মীওইবনা থাজবগা লোয়ননা শূদ্রদগীসু গারুড়নচিংবা মহৈ ( হূ কোক্লবা মন্ত্রনচিংবা ) তমগনি, চণ্ডালনচিংবা অন্ত্যজ জাতি ( অতোনবা জাতি ) দগীসু অরানবা খুবম ফংনবা ওইবা আত্মজ্ঞান-নচিংবা অথেইবা ধর্ম্ম ফংনবা হোৎনগনি অহুগা মঙোন্দগী হেন্না তোম্বখ্রবা শাগৈদগীসু মগুণ চেনবী নূপীদি লৌগনি॥ ২৩৮॥

হূগা য়ান্নরবা অমৃতদগীসু হূগী শরুক লৌথোক্লগা অমৃত অহু লৌগনি, পীকলিবা অঙাংনা ঙাঙ্বমক ওইরবসু কান্নবা রাকমদি লৌগনি; অফবা থবক্তি য়েক্লবদগীসু তমগনি অহুগা অমাংবা মফমদগী সনানচিংবা মমল য়াম্বা পোৎক্তি খুনগৎকনি॥ ২৩৯॥

স্ত্রিয়ো রত্নান্যথো বিদ্যা ধর্ম্মং শৌচং সুভাষিতম্।
বিবিধানি চ শিল্পানি সমাদেয়ানি সর্ব্বতঃ॥ ২৪০
অব্রাহ্মণাদধ্যয়নমাপৎকালে বিধীয়তে।
অনুব্রজ্যা চ শুশ্রূষা যাবদধ্যয়নং গুরোঃ॥ ২৪১
না ব্রাহ্মণে গুরৌ শিষ্যো বাসমাত্যন্তিকম্ বসেৎ।
ব্রাহ্মণে চাননূচানে কাঙ্ক্ষন্ গতিমনুত্তমাম্॥ ২৪২
যদি ত্বাত্যন্তিকং বাসং রোচয়েত গুরোঃকুলে।
যুক্তঃ পরিচরেদেনমাশরীরবিমোক্ষণাৎ॥ ২৪৩
আ সমাপ্তেঃ শরীরস্য যস্তু শুশ্রূষতে গুরুম্।
স গচ্ছত্যঞ্জসা বিপ্রো ব্রহ্মণঃ সদ্ম শাশ্বতম্॥ ২৪৪

---

নূপী, মণিমুক্তা, মহৈ, ধর্ম্ম, অমাং অশেং মতৌ, কান্নবা য়া অমদি খূৎশা হৈবনচিংবগী থবক পূন্নমক মী পূন্নমক্কী মফমদগী ওন্না লৌবা য়াই ॥ ২৪০ ॥

খুদোংগীরবা মতমদদি ব্রাহ্মণ ব্রহ্মচারীনা ব্রাহ্মণ নত্তবা ক্ষেত্রি নত্রগা বৈশ্যদগীসু মহৈ তম্বা য়াই অতুগা মানা তম্লিবৈগী মখৈদি মখোঙ্ শোকপা, অরেম্বা চাবা অসিনচিংবদং নত্তনা মতুং ইন্দুনা চৎপনচিংবা সেবা অপূম্বা তৌগনি ॥ ২৪১ ॥

নৈষ্ঠিক ব্রহ্মচারী (১) ওইহৃনা অরানবা খুবম তানবা মী অতুদি ক্ষেত্রি নত্রগা বৈশ্য গুরুগী নত্রগা সাঙ্গ বেদ খঙ্দবা ( বেদ হৈতবা ) ব্রাহ্মণ গুরুগী য়ুমদদি মপুন্সী চূপ্পা থক লৈরোইদবনি ॥ ২৪২ ॥

নৈষ্ঠিক ব্রহ্মচারী হায়বদি পুন্সী চূপ্পা গুরুগৃহদা লৈজনিঙ্বা ব্রহ্মচারীনা গুরুকুলদা লৈরগা শিত্রিবা ফাওবা গুরুগী সেবা তৌগনি ॥ ২৪৩ ॥

মশা শিবা ফাওবদা অসুন্না গুরুগী সেবা তৌজবা মী অতুদি ইরায় লায়না অমাঙ্ অতা লৈত্রবা ব্রহ্মলোক য়োবা ওম্মী ॥ ২৪৪ ॥

---

(১) নৈষ্ঠিক ব্রহ্মচারী—মপুন্সী চূপ্পা ব্রহ্মচারী ওইবা।

ন পূর্ব্বং গুরবে কিঞ্চিদুপ কুর্ব্বীত ধর্ম্মবিৎ।
স্নাস্যংস্তু গুরুণাজ্ঞপ্তঃ শক্ত্যা গুর্ব্বর্থমাহরেৎ ॥ ২৪৫
ক্ষেত্রং হিরণ্যং গামশ্বং ছত্রোপানহমাসনম্।
ধান্যং শাকঞ্চ বাসাংসি গুরবে প্রীতিমাবহেৎ ॥ ২৪৬
আচার্য্যে তু খলু প্রেতে গুরুপুত্রে গুণান্বিতে।
গুরুদারে সপিণ্ডে বা গুরুবদ্বৃত্তিমাচরেৎ ॥ ২৪৭
এতেষ্ববিদ্যমানেষু স্থানাসনবিহারবান্।
প্রযুঞ্জানোঽগ্নিশুশ্রূষাং সাধয়েদ্দেহমাত্মনঃ ॥ ২৪৮

---

ধর্ম্ম খঙবা শিষ্যনা মাগী ব্রহ্মচর্য্য ব্রত অদু লোইহনা গুরুগী নাক্তগী য়ূমদা হল্লক্লমদাইদা ষণ, ফিনচিংবা লন থুম খজীক্তনা গুরুগী দক্ষিণা ওইনা পীরোইদবনি। গুরুগী য়াথং মতুংইন্না সমাবর্ত্তনগী স্নান (সমাবর্ত্তন—মহৈতম্বা লোইহনা য়ূম্বাল্লোন্দা চঙলুনবা ময়ূমদা হল্লকপা) তৌরগা গুরুদা ঙমজবা দক্ষিণা কৎকদবনি ॥ ২৪৫ ॥

শিষ্য অদুগী অঙম-ঙমদ মতুংইন্না ভূমি (লৌ ইংখোলনচিংবা), সনা লুপা, ষণ, শগোল, ছত্র, শউন খোঙউপ, আসন, ফৌ, চানথক্লবা ইনশাং নাপী, ফিরোলনচিংবা অসি খরদংতা ওইরবসু কৎলমলগা গুরুবু পেলহল্লমগদবনি। ২৪৬।

আচার্য্যগুরুনা নোংগাথ্রবদি নৈষ্ঠিক ব্রহ্মচারীনা মহৈগী গুণনচিংবনা লৈতেংলবা গুরুগী মচানিপাবু, গুরুপত্নীবু, অমদি গুরুগী শাগৈ-নাতৈশিংবু গুরুগুমনা সেবা তৌগনি ॥ ২৪৭ ॥

হায়রিবা গুরুগী মচা, গুরুপত্নী, গুরুগী শাগৈ মখোয় অসি অমত্তসু লৈত্রবদি নৈষ্ঠিক ব্রহ্মচারীনা মাগী গুরুনা হৌগৎলম্বা যজ্ঞগী মৈ মনাক্তা গুরুনা ফমলম্বা মফমদা ফমহনা অয়ুক হুমিদাংৱাইরম অনিমক্তা শীং থাহনা হোম ভৌবনা মৈগী সেবা তৌবা শক্তনা মাগী আত্মাবু ব্রহ্ম ফংবদা মতিক চাবা ওইহনগনি ॥ ২৪৮ ॥

**এবং চরতি যো বিপ্রো ব্রহ্মচর্য্যমবিপ্লুতঃ।**
**স গচ্ছত্যুত্তমং স্থানং ন চেহ জায়তে পুনঃ ॥ ২৪৯**

**ইতি মানবে ধর্ম্মশাস্ত্রে ভৃগুপ্রোক্তায়াং সংহিতায়াং**
**দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥ ২ ॥**

---

অসুম্না অপনবা লৈতনা ব্রহ্মচারীগী তৌবা হৌনবা শাজৎ পূম্নমক ঙাক্না চৎলবা ব্রহ্মচারী অহুদি খ্বায়দগী হেনবা মফম হায়বদি অরানবা খুবম ফংহুনা অমুক হন্না মীরমলেন্দা পোক্লদরে ॥ ২৪৯ ॥

অনিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

---

# তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ

**ষট্‌ত্রিংশদাব্দিকং চর্য্যং গুরৌ ত্রৈবেদিকং ব্রতম্।**
**তদর্দ্ধিকং পাদিকং বা গ্রহণান্তিক মেব বা ॥ ১**
**বেদানধীত্য বেদৌ বা বেদং বাপি যথাক্রমম্।**
**অবিপ্লুতব্রহ্মচর্য্যো গৃহস্থাশ্রম মাবসেৎ ॥ ২**

---

ব্রহ্মচারীনা চহি ৩৬ গুরুকুলদা লৈহুনা ঋক্, যজুঃ, সাম—বেদ অহুম অসি তম্ননবগীদমক ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদা লৈবগী হৌনবী ধর্ম্ম পূম্নমক ঙাক্না চৎকনি নত্রগা মসিগী মতম তংখায় অমা নত্রগা শরূক মরি থোকপগী শরূক অমা নত্রগা বেদ অহুম অসি মপূংফানা তম্বা লোইদ্রিঙৈ মখৈদি গুরুগী য়ুমদা লৈগনি ॥ ১ ।

নত্রগা স্নাতক ( ব্রহ্মচর্য্য ব্রত লোইরহুনা ময়ুমদা হনগদবগী ঈরুজথোক্লবা ) ব্রহ্মচারীনা বেদবু মাগী শাখা অহুম, অনি নত্রগা অমবু মন্ত্রব্রাহ্মণগী মথং মনাউ নাইনা তম্নগা ব্রহ্মচর্য্যব্রতদগী থোঙ্ফম নাম্থোকহনবা তৌদনা গৃহস্থাশ্রম ( য়ুম্বানবগী থবক ) দা চঙ্গনি ॥ ২ ॥

তং প্রতীতং স্বধর্ম্মেণ ব্রহ্মদায়হরং পিতুঃ।
স্রগ্বিণং তল্প আসীনমর্হয়েৎ প্রথমং গবা ॥ ৩
গুরুণানুমতঃ স্নাত্বা সমাবৃত্তো যথাবিধি।
উদ্বহেত দ্বিজো ভার্য্যাং সবর্ণাং লক্ষণান্বিতাম্ ।৪
অসপিণ্ডা চ যা মাতুরসগোত্রা চ যা পিতুঃ।
সা প্রশস্তা দ্বিজাতীনাং দার কর্ম্মণি মৈথুনে ॥ ৫
মহান্ত্যপি সমৃদ্ধানি গোঽজাবিধনধান্যতঃ।
স্ত্রীসম্বন্ধে দশৈতানি কুলানি পরিবর্জ্জয়েৎ ॥ ৬

---

ধর্ম্মগী থবক তৌবনা মমিং চৎলবা, মপা নত্রগা গুরুদগী বেদ তম্লবা, লৈগী পরেংনা লৈতেংলবা, নিঙ্থিবা আসনদা ফুংঙাইনা ফম্লবা, গৃহস্থাশ্রমদা চঙ্গদৌরবা ব্রহ্মচারীবু লুহোঙ্ব্রিভৈদা মপা অমদি গুরুনা ষণদগী থোকপা *মধুপর্কনা পূজা তৌগনি হায়বদি পীজগনি ॥ ৩ ॥

গুরুগী য়াথং মতুংইন্না হৌনবী মতুংইন্না ব্রতস্নান তৌহুনা সমাবর্ত্তন ( য়ূমদা হল্লকপা ) তৌরবা মতুংদা দ্বিজ ব্রহ্মচারীনা অফবা লক্ষণনা তিনবী ( মওঙ্ মতৌ নিঙ্থিবী ) বর্ণ মান্নবী নূপী লৌগনি ॥ ৪ ॥

মমাগী সপিণ্ড নত্তবী হায়বদি মীবোন তরেৎ ফাওবদা মমা পোকপা মপুনচিংবগী বংশদা পোকপী নত্তবী অদুগা মমা পোকপা মপুগা মীরোন ১৪ ফাওবদা গোত্র তিন্নদবী অমসুং মপাগী সপিণ্ড অমদি গোত্র তিন্নবী নত্তবী হায়বদি মপাগা পোকমিন্নবী মনেন-চিংবনা পোকপা নত্তবী অসিগুম্বী [illegible]বু দ্বিজাতিশিংনা মাগী মাগী বেদ শাখা মতুংইন্না অগ্নিগ্রহণ (যজ্ঞ তৌহুনা) তৌহুনা মচানিপা থুম্নবগীদমক লুহোঙ্হুনা লৌবা য়াই ॥ ৫ ॥

ষণ, হামেঙ্ য়াউ ফৌ-চেঙ্ অমসুং মরল-মথুমনা য়াম্না ফুংঙাই

*মধুপর্ক— শংগোম অকম্বা, ঘি, খোইহী তিন্নগা শেলগী পাত্রদা হাপ্পা শেলগী পাত্রনা মখুম ওইনা খুমজিনবা।

হীনক্রিয়ং নিষ্পুরুষং নিশ্ছন্দো রোমশার্শসম্।
ক্ষয্যাময়াব্যপস্মারি-শ্বিত্রি-কুষ্ঠি-কুলানি চ ॥ ৭
নোদ্বহেৎ কপিলাং কন্যাং নাধিকাঙ্গীং ন রোগিণীম্।
নালোমিকাং নাতিলোমাং ন বাচাটাং ন পিঙ্গলাম্॥ ৮
নর্ক্ষবৃক্ষনদীনাম্নীং নান্ত্যপর্ব্বতনামিকাম্।
ন পক্ষ্যহিপ্রেষ্যনাম্নীং ন চ ভীষণনামিকাম্॥ ৯
অব্যঙ্গাঙ্গীং সৌম্যনাম্নীং হংসবারণ গামিনীম্।
তনুলোমকেশদশনাং মৃদ্বঙ্গীমুদ্বহেৎ স্ত্রিয়ম্॥ ১০

য়াইফবা শাগৈমক ওইরবসু মখাদা হায়রক্কদোরিবা দোষ মখল ১০ অসিনা তিনবা শাগৈ ১০ বুদি থাদোক্লগা নুপী থিগদবনি ॥ ৬ ॥

হীনক্রিয় হায়বদি জাতকর্ম্মনচিংবা সংস্কার অমত্তসু তৌদবা, নিপা পোক্তবা নুপীদমক পোকপা শাগৈ নত্রগা ইমুং, নিশ্ছন্দ হায়বদি বেদ তম্বা লৈতবা, রোমশ হায়বদি মতু-মরাং য়াম্না চোমগনবা, অত্থগা ধাতুহুংশং, যক্ষ্মা, মৈ-শোনবা, শারৈহৌবা, অঙৌবা পকপা, কুষ্ঠি লায়নাশিং অসি পকপা থুংবা— ইমুং ১০ অসিদগী নুপী লৌরোইদবনি ॥ ৭ ॥

মশম ঙাঙ্বী, খুৎচা তরক্ক লোঙ্বী, কুম-লায়না-পুবী, মতু হৌদবী অমদি মতু য়াম্না হৌবী, মচীন্থীবী অমসুং মমিং পিঙ্গলা থুংবী নুপীদি লৌরোইদবনি ॥ ৮ ॥

নক্ষত্র (থৱান্মীচাক), উপাল, তুরেন, ম্লেচ্ছ (অসভ্য জাৎ), চাং, উচেক, লিন অমসুং মানাই খঙ্নবা মিংনা মিংথোন্নবী নুপী অমদি তাবদা অকিবা পোকপা মমিং কৌবী নুপী অদুবুদি লৌরোইদবনি ॥ ৯ ॥

মখোঙ্ মখুৎ তেক্তবা ( ছিদ্র লৈতবী ), হুংঙাইনা মমিং হায়দোকপা য়াবী, তাবদসু নুংশিবা পোকপী, কাংঙ নত্রগা শামু শাজৎ মান্না চৎপী, মশাদা হৌবা তু, শম অমদি ময়া অহুম অসি পঙ্পৌ পৌদবী ( ময়ায় ওইবী ), ফিবম ফজবী অমসুং তথোং তথোৎপী, অসিগুম্বী নুপী লৌগদবনি ॥ ১০ ॥

যস্যাস্তু ন ভবেদ্‌ভ্রাতা ন বিজ্ঞায়েত বা পিতা।
নোপযচ্ছেত তাং প্রাজ্ঞঃ পুত্রিকাধর্ম্মশঙ্কয়া ॥ ১১
সবর্ণাগ্রে দ্বিজাতীনাং প্রশস্তা দারকর্ম্মণি।
কামতস্তু প্রবৃত্তানামিমাঃ স্যুঃ ক্রমশো বরাঃ ॥ ১২
শূদ্রৈব ভার্য্যা শূদ্রস্য সা চ স্বা চ বিশঃ স্মৃতে।
তে চ স্বা চৈব রাজ্ঞঃ স্যুস্তাশ্চ স্বা চাগ্রজন্মনঃ ॥ ১৩
ন ব্রাহ্মণক্ষত্রিয়য়োরাপদ্যপি হি তিষ্ঠতোঃ।
কস্মিংশ্চিদপি বৃত্তান্তে শূদ্রা ভার্য্যোপদিশ্যতে ॥ ১৪

---

মবুং মৌপ্‌না লৈতবী, মপাগী পরিচয় শেংনা খঙ্‌দবী অদুগুম্বী নুপী অদুবু মথংশিংনা পুত্রিকা ধর্ম্ম হায়বদি মানা পোকপা মচানিপাবু অশিংবা মীনা মচানিপা ওইনা লৌহুনা সপিণ্ড ওইশিনখিগনি হায়বগী চিংনবা লৈবনা অদুগা অকোনবগী অসিনা মপা খঙ্‌দনা লান্নহুনা পোকপা ওইরমহুনা অধর্ম্ম থোক্কদ্রা হায়বগী চিংনবা লৈবনা অনিমক অসি লৌরুবা য়াদে। (মচানিপা পোক্তবা, নুপীদমক পোকপা মীনা হান্নদগী ঙাঙ্‌নহুনা মচা-নিঙোলনা পোকপা মশূনিপাবু মচা ওইনা লৌশিন্দুনা মাগী সপিণ্ড ওইহনববু পুত্রিকা ধর্ম্ম কৌই) ॥ ১১ ॥

দ্বিজাতিশিংনা অহানবদা বর্ণ মান্নবী নুপী লৌগনি। মথং নুপী অমুক থিনিঙ্‌লবদি মখাদা হায়রক্লিবা নুপীশিং অসিগী মথং মথংনা ফবা হেল্লি ॥ ১২ ॥

শূদ্রনা শূদ্র নুপীতমক লৌগনি, বৈশ্যনা বৈশ্যনিঙোল অমসুং শূদ্র নিঙোল অনিমক লৌবা য়াই, ক্ষেত্রিনা ক্ষেত্রি, বৈশ্য অমসুং শূদ্র নিঙোল অহুম্মক লৌবা য়াই অদুগা ব্রাহ্মণনা ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য অমসুং শূদ্র মরিমক্কী নিঙোল লৌবা য়াই ॥ ১৩ ॥

ইতিহাসনচিংবা করিগুম্বা রারী লাইরিক্তা ব্রাহ্মণ অমসুং ক্ষেত্রিনা খুদোং থারবা মতম ফাওবদা শূদ্র নিঙোলবুদি লৌ থক হায়রমদে ॥ ১৪ ॥

হীনজাতিস্ত্রিয়ং মোহাদুদ্বহন্তো দ্বিজাতয়ঃ।
কুলান্যেব নয়ন্ত্যাশু সসন্তানানি শূদ্রতাম্ ॥ ১৫
শূদ্রাবেদী পতত্যত্রেরুতথ্যতনয়স্য চ।
শৌনকস্য সুতোৎপত্ত্যা তদপত্যতয়া ভৃগোঃ ॥ ১৬
শূদ্রাং শয়নমারোপ্য ব্রাহ্মণো যাত্যধোগতিম্।
জনয়িত্বা সুতং তস্যাং ব্রাহ্মণ্যাদেব হীয়তে ॥ ১৭
দৈবপিত্র্যাতিথেয়ানি তৎপ্রধানানি যস্য তু।
নাশ্নন্তি পিতৃদেবাস্তং ন চ স্বর্গং স গচ্ছতি ॥ ১৮

---

ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি অমসুং বৈশ্য অহুম অসিনা করিগুম্বা গুম্বাং-খিবদগী জাৎ অতোনবী নূপী লৌরুরবদি নূপী অহুদা পোকপা মখোয়গী মচা মশূশিং অহুগা লোয়ননা বংশ অহু থুনমক শূদ্র ওল্লকই ॥ ১৫ ॥

ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি অমসুং বৈশ্যনা শূদ্র নিঙোল লৌরবদি মখোয় অহু পতিত ওইরে—মসি 'অত্রি' অমসুং উতথ্য' গী মচানিপা 'গৌতম' নহর্ষিগী মতনি। শৌনক মহর্ষিগী মত-তদি শূদ্র নিঙোল লৌহুনা মচানিপা পোক্লবদি 'পতিত' ওই। অহুগা মহর্ষি ভৃগুনা হায়বনা=শূদ্র নূপীনা পোকপা মচানিপানা মচা অমূক শমথরক্লবদি (মশূ পোক্লবদি) পতিত ওই ॥ ১৬ ॥

বর্ণ মান্নবী নূপী লৌদনা শূদ্র নূপী হান্না লৌহুনা হকপান্নরবদি ব্রাহ্মণ অহু নরক তাই অহুগা নূপী অহুদা মচা অমূক্কা পোকশিল্লবদি ব্রাহ্মণ অহুগী মশাদা ব্রাহ্মণ হায়বহু লৈখিদ্রে ॥ ১৭ ॥

দ্বিজ'তিনা লৌবা শূদ্র নূপী অহুনা লাইগী, মপা মপুগী অমদি অতিথি পূজাগী থবক থনা লাঙ্ তুনা পাঙ থোক্লবদি মী অহুগী হব্য (ঘিনচিংবা হোম তৌনবা পোৎলম), কব্য (মপা মপুদা কৎনবা পোৎ) পূন্নমক অহু লাই অমসু' মপা মপুনা লোদে অহুগা মুম অহুগী মীনা তৌবা অহুগুম্বা অতিথি সেবা অহুনা স্বর্গ ফংবসু থক ওইদে ॥ ১৮ ॥

বৃষলীফেনপীতস্য নিঃশ্বাসোপহতস্য চ।
তস্যাঞ্চৈব প্রসূতস্য নিষ্কৃতির্ন বিধীয়তে ॥ ১৯
চতুর্ণামপি বর্ণানাং প্রেত্য চেহ হিতাহিতান্।
অষ্টাবিমান্ সমাসেন স্ত্রীবিবাহান্ নিবোধত ॥ ২০
ব্রাহ্মো দৈবস্তথৈবার্ষঃ প্রাজাপত্যস্তথাসুরঃ।
গান্ধর্ব্বো রাক্ষসশ্চৈব পৈশাচশ্চাষ্টমোঽধমঃ ॥ ২১
যো যস্য ধর্ম্ম্যো বর্ণস্য গুণদোষৌ চ যস্য যৌ।
তদ্বঃ সর্ব্বং প্রবক্ষ্যামি প্রসবে চ গুণাগুণান্ ॥ ২২
ষড়ানুপূর্ব্ব্যা বিপ্রস্য ক্ষত্রস্য চতুরোঽবরান্।
বিট্‌শূদ্রয়োস্তু তানেব বিদ্যাদ্ধর্ম্ম্যানরাক্ষসান্ ॥ ২৩

---

কনাগুম্বা দ্বিজনা লৈপুনগী মতমদা শূদ্র নূপীগী মচীনবান চূপ্লরবদি অহুগা ফম্মুং অমত্তদা হিপমিন্নহুনা মাগী স্বর চঙ্খ্রবদি অহুগা শূদ্র নূপী অহুদা মচানিপা অমুক্তা পোকশিনখ্রবদদি করি-গুম্বদসু লিৎফম লৈত্রে ॥ ১৯ ॥

বর্ণ মখল মরিমক্কী মীরমলেন লাইরমলেন অনিমক্তা কান্নবা কান্নদবা ফংহল্লিবী অসিগুম্বী নূপী অসিগী ফংননবা পাম্বৈগী মশক ওইনা শম্নপ্না লুহোঙ্বা মখল ৮গী মরম হায়জগে, তাবিয়ু ॥ ২০ ॥

ব্রাহ্ম, দৈব, আর্য, প্রাজাপত্য, আসুর, গান্ধর্ব্ব, রাক্ষস অহুগা খ্বায়দগী তোনবনা পৈশাচ—মখল ৮ অসি শাস্ত্রনা য়াবা লুহোংবগী মখলনি ॥ ২১ ॥

লুহোঙ্বা মখল ৮ অসিগী মরক্তা ধর্ম্ম কায়দবা (ধর্ম্মনা য়াবা) ওইবা অহুগা দোষ অমদি গুণ চেনবা ( অফবা, ফত্তবা য়ান্নবা ), অহুগুম্বা মহোঙ্, অহুগা অহুগুম্বা লুহোঙ্বা মহোঙ্ অহুদগী ফংলকপা মচা মশূনচিংবদা চেল্লকপা দোষ গুণ—পূন্নমক অহু ঐনা নখোয়দা হায়জরক্কে ॥ ২২ ॥

ব্রাহ্মাদগীনা গান্ধর্ব্ব ফাওবা লৈরিবা লুহোঙ্বা মখল তরুক অসিনা ব্রাহ্মণগীদি ধর্ম্ম থোকপা মহোঙ্নি, আসুরদগীনা পৈশাচ

চতুরো ব্রাহ্মণস্যাদ্যান্ প্রশস্তান্ কবয়ো বিদুঃ।
রাক্ষসং ক্ষত্রিয়স্যৈকমাসুরং বৈশ্যশূদ্রয়োঃ ॥ ২৪
পঞ্চানান্তু ত্রয়ো ধর্ম্ম্যা দ্বাবধর্ম্ম্যৌ স্মৃতাবিহ।
পৈশাচশ্চাসুরশ্চৈব ন কর্ত্তব্যৌ কদাচন ॥ ২৫
পৃথক্ পৃথগ্‌বা মিশ্রৌ বা বিবাহৌ পূর্ব্বচোদিতৌ।
গান্ধর্ব্বো রাক্ষসশ্চৈব ধর্ম্ম্যৌ ক্ষত্রস্য তৌস্মৃতৌ ॥ ২৬
আচ্ছাদ্য চার্চ্চয়িত্বা চ শ্রুতশীলবতে স্বয়ম্।
আহূয় দানং কন্যায়া ব্রাহ্মো ধর্ম্মঃ প্রকীর্ত্তিতঃ ॥ ২৭

---

ফাওবা মখল মরি অসিনা ক্ষেত্রিগী ধর্ম্ম থোকপা মহোঙ্‌নি অদুগা বৈশ্য অমসুং শূদ্রগীদি আসুব, গান্ধর্ব্ব অমসুং পৈশাচ অদুম অসিসু থিংদে হায়না খঙ্‌নগনি ॥ ২৩ ॥

ব্রাহ্মণগীনা ব্রাহ্ম, দৈব, আর্ষ, অমসুং প্রাজাপত্য, ক্ষেত্রিগীনা রাক্ষস অদুগা বৈশ্য, শূদ্রগীনা আসুর—সুহোঙ্‌বা মখলশিং অসিনা মতিক মতিক ওই হায়না পণ্ডিতশিংনা তাকপি ॥ ২৪ ॥

প্রাজাপত্য, আসুব, গান্ধর্ব্ব, বাক্ষস অমসুং পৈশাচ—লুহোঙ্‌বা মখল মঙা অসিগী মনুংদা প্রাজাপত্য, গান্ধর্ব্ব অমসুং রাক্ষস অদুম অসিদি বর্ণ পুন্নমক্কী ধর্ম্মনা য়াবা মহোঙ্‌নি, লৈহৌরিবা পৈশাচ অমসুং আসুর অসিদি বর্ণ খুদিঙ্‌মক্তা ধর্ম্ম কায়বা ওই, মরম অদুনা অনি অসিদি কৈদৌঙৈদসু তৌফদে ॥ ২৫ ॥

মথক্তা ক্ষেত্রিশিংনা রাক্ষস অমসুং গান্ধর্ব্ব বিবাহ তৌবগী পীথিবা অদু দ তোপ্প-তোপ্পবু তৌরবসু, য়ানবু-য়ান্নরবসু মখল অনিমক ক্ষেত্রিশিংগীদি ধর্ম্ম কায়দবা ওই। নিপা নুপী অনিনা অমগা অমগা পান্নদুনা লান্নচিংবা তৌরগা নুপী অদু পুরক্তুনা লুহোঙ্‌লবদি মদুবু অনিমক তিন্নবা 'গান্ধর্ব্বরাক্ষস' হায়না কৌই ॥ ২৬ ॥

নিঙ্‌থিনা লাইরিক লাইশু হৈবা অমদি লোনচৎ ব্যবহার খঙবা বরবু বার্ত্তোন তৌদুনা পুরক্লগা নিঙ্‌থিবা ফিজেৎনচিংবনা

যজ্ঞেতু বিততে সম্যগৃত্বিজে কর্ম্ম কুর্ব্বতে।
অলঙ্কৃত্য সুতাদানং দৈবং ধর্ম্মং প্রচক্ষতে॥ ২৮
একং গোমিথুনং দ্বে বা বরাদাদায় ধর্ম্মতঃ।
কন্যাপ্রদানং বিধিবদার্ষো ধর্ম্মঃ স উচ্যতে॥ ২৯
সহোভৌ চরতাং ধর্ম্মমিতি বাচানুভাষ্য চ।
কন্যাপ্রদানমভ্যর্চ্চ্য প্রাজাপত্যো বিধিঃ স্মৃতঃ॥ ৩০
জ্ঞাতিভ্যো দ্রবিণং দত্ত্বা কন্যায়ৈ চৈব শক্তিতঃ।
কন্যা প্রদানং স্বাচ্ছন্দ্যাদাসুরো ধর্ম্ম উচ্যতে॥ ৩১
ইচ্ছয়ান্যোন্যসংযোগঃ কন্যায়াশ্চ বরস্য চ।
গান্ধর্ব্বঃ স তু বিজ্ঞেয়ো মৈথুন্যঃ কামসম্ভবঃ॥ ৩২

---

লৈতেংলবা বব কন্যা অনিবু পূজা তৌতুনা কৎপা মখলগী লুহোঙ্বা অতুবু 'ব্রাহ্মবিবাহ' হায়না কৌই ॥ ২৭ ॥

(১) জ্যোতিষ্টোমনচিংবা যজ্ঞ ( মৈ হৌতুনা তৌবা যজ্ঞ ) হৌগৎলগা, পুরোহিত যাওনা কর্ম্ম বর্ত্তানা ফিজেৎ লৈতেংলবী কন্যা দান তৌববু 'দৈববিবাহ' হায়না কৌই ॥ ২৮ ॥

ষণবী অমগা ষণ লাবা অমগবু 'গোমিথুন' হায়না কৌই। যজ্ঞনচিংবা ধর্ম্মগীদমক্তা অসিগুম্বা গোমিথুন অমা নত্রগা অনিখক ববদগী লৌবগা হৌনবী পৌতুনা কন্যাদান তৌববু 'আর্যবিবাহ' হায়না কৌই ॥ ২৯ ॥

'নখোয় অনি তিন্নৈনা যুম্নানবগী থবক ( গার্হস্থ্যধর্ম্ম ) তৌগদবনি' অসুম হায়না তাক্তুনা ফিজেৎ লৈতেংনচিংবনা লৈতেংহল্লবা ববু পূজা তৌনা কন্যাদান তৌববদি মদুবু 'প্রাজাপত্য বিবাহ' হায়না কৌই ॥ ৩০ ॥

নূপী মপানচিংবদা নত্রগা নূপী মশামক্তা লনথুম্নচিংবা পীনিঙ্না পীতুনা নূপী অতু লৌববুনা 'আসুর বিবাহ' হায়না কৌই ॥ ৩১ ॥

নিপা নূপী নুংশিনতুনা লৌনববুনা 'গান্ধর্ব বিবাহ' হায়না

(১) জ্যোতিষ্টোম—হোতা ১৬ না কথা যজ্ঞ মখল অমা।

হত্বা ছিত্ত্বা চ ভিত্ত্বা চ ক্রোশন্তীং রুদতীং গৃহাৎ।
প্রসহ্য কন্যাহরণং রাক্ষসো বিধিরুচ্যতে॥ ৩৩
সুপ্তাং মত্তাং প্রমত্তাং বা রহো যত্রোপগচ্ছতি।
স পাপিষ্ঠো বিবাহানাং পৈশাচশ্চাষ্টমোঽধমঃ॥ ৩৪
অদ্ভিরেব দ্বিজাগ্র্যাণাং কন্যাদানং বিশিষ্যতে।
ইতরেষান্তু বর্ণানামিতরেতরকাম্যয়া ॥ ৩৫
যো যস্যৈষাং বিবাহানাং মনুনা কীর্ত্তিতো গুণঃ।
সর্ব্বং শৃণুত তং বিপ্রাঃ সম্যক্ কীর্ত্তয়তো মম॥ ৩৬

---

কৌই। অসিগুম্বা মখল অসিদি কামনা লনজিংহনা মহৈ মহৈ লৈপুন ওইননিঙ্বা ময়াইতনা থোক্কল্লি॥ ৩২॥

নূপীগী মপামনা য়াদ্রবদা, নূপী ময়ুমগী মীশিংবু হাত্তুনা, কক্তুনা মখোয়গী ময়ুম চঙ্হুনা 'হা পাজি, হা তাদা' অসিনচিংবা হায়হুনা তেংথা লাউওইনা কপ্লিবী কন্যাবু নমহুনা পুরক্লগা হোঙ্বা লুহোঙ্বা অদুবু 'রাক্ষস বিবাহ' হায়না কৌই॥ ৩০॥

ইশি শিনা তূমলিবী, ময়াইকাবা পোৎ থক্তুনা য়ু) ঙাও-চৎনরবী নল্লগা অঙাওবী নূপীবু অচীকপদা য়েংলুববু 'পৈশাচ বিবাহ' হায়না কৌই। লুহোঙ্বা মখল ৮গী মনুংদা মসিদি মহা-পাপকী মশক্নি অমসুং খ্বায়দগী হেন্না তোনবা মশক্নি॥ ৩৪॥

ব্রাহ্মণগী লুহোঙ্বদা ঈশিংতনা কন্যাদান তৌগনি অহুগা ক্ষেত্রিনচিংবা অতৈ বর্ণশিংগীদি মানা মানা পান্নবা মতুংইন্না চুন্নগী রাহৈতনসু কন্যাদান তৌবা য়াই। মখোয়গীদি ঈশিংনা দান তৌবগী নিয়ম লৈতে॥ ৩৫॥

মনুনা হায়রম্বা লুহোঙ্বা মখল ৮ অসিগী অফ-ফত্তু দোষ গুণশিং অহু হে ব্রাহ্মণ পুন্নমক! পুন্নমক অদুবু ঐনা হায়জরকে—তাবিয়ু॥ ৩৬॥

দশপূর্ব্বান্ পরান্ বংশ্যানাত্মানঞ্চৈকবিংশকম্।
ব্রাহ্মীপুত্রঃ সুকৃতকৃন্মোচয়ত্যেনসঃ পিতৄন্॥ ৩৭
দৈবোঢ়াজঃ সুতশ্চৈব সপ্ত সপ্ত পরাবরান্।
আর্ষোঢ়াজঃ সুতস্ত্রীংস্ত্রীন্ ষট্ ষট্কায়োঢ়জঃসুতঃ॥ ৩৮
ব্রাহ্মাদিষু বিবাহেষু চতুর্ষ্বেবানুপূর্ব্বশঃ।
ব্রহ্মবর্চ্চস্বিনঃ পুত্রা জায়ন্তে শিষ্টসম্মতাঃ॥ ৩৯
রূপসত্ত্বগুণোপেতা ধনবন্তো যশস্বিনঃ।
পর্য্যাপ্তভোগা ধর্ম্মিষ্ঠা জীবন্তি চ শতং সমাঃ॥ ৪০

---

ব্রাহ্মবিবাহ তৌহুনা লৌবী নূপী অহুগী গর্ভদা পোকপা মচা অহুনা ধর্ম্ম চেনবা মী ওইরবদি, অহুগুম্বা মচা অহুনা মপা পোকপা মপুনচিংবা মীরোন ১০ গা অমসুং মচা মশুনচিংবা মীবোন ১০ গা মহাক মশাগা থারগা মীরোন ২১ বু পাপতগী কোকহল্লি॥ ৩৭॥

দৈব বিবাহ তৌবী নুপী অহুগী মচানা অফবা থবক্তমক তৌরবদি মথক্কী মীরোন ৭, মখাগী মীরোন ৭ অহুগা মশাগা পূন্না মীরোন ১৫, অহুগা 'আর্ষ' বিবাহ তৌহুনা লৌবা নুপা অহুগী মচানা মপানচিংবা মীরোন অহুম, মচানচিংবা মীরোন অহুম অমসুং মশাগা পূন্না মীরোন ৭, অহুগা 'প্রাজাপত্য' বিবাহ তৌবা নুপীগী মচানা মপানচিংবা মীরোন ৬, মচানচিংবা মীরোন ৬ অমসুং মশাগা থানা মীরোন ১৩ বু পাপ কোকহল্লি॥ ৩৮॥

ব্রাহ্ম, দৈব, আর্ষ অমসুং প্রাজাপত্য—লুহোঙবা মখল মরি অসি তৌহুনা লৌবী নুপীনা পোকপা মচাশিং অহুদি মশাদা ব্রহ্ম-তেজ চেল্লি অমসুং সাধু ওইবা মীশিংমক্তসু ইকাই খুম্নে॥ ৩৯॥

মথোয় অহুদি মশক ফজে, থোজাল হৈবনচিংবা সাত্ত্বিক গুণ চেল্লি, মরল য়াম্না লৈ, মিংচৎ চাউই, খুয়া-তুশিংনা মরাংকায়না পাল্লি, ধর্ম্মদা মায় ওনশিল্লি অমসুং চহি চামা চুপ্পা পুল্লী॥ ৪০॥

ইতরেষু তু শিষ্টেষু নৃশংসানৃতবাদিনঃ।
জায়ন্তে দুর্বিবাহেষু ব্রহ্মধর্ম্মদ্বিষঃ সুতাঃ ॥ ৪১
অনিন্দিতৈঃ স্ত্রীবিবাহৈরনিন্দ্যা ভবতি প্রজা।
নিন্দিতৈর্নিন্দিতা নৃণাং তস্মান্নিন্দ্যান্ বিবর্জ্জয়েৎ ॥ ৪২
পাণিগ্রহণসংস্কারঃ সবর্ণাসূপদিশ্যতে।
অসবর্ণাস্বয়ং জ্ঞেয়ো বিধিরুদ্বাহকর্ম্মণি ॥ ৪৩
শরঃ ক্ষত্রিয়য়া গ্রাহ্যঃ প্রতোদো বৈশ্যকন্যয়া।
বসনস্য দশা গ্রাহ্যা শূদ্রয়োৎকৃষ্টবেদনে ॥ ৪৪

---

মথংগী লুহোঙবা মখল মরি হায়বদি আসুর, গান্ধর্ব্ব, রাক্ষস অমসুং পৈশাচ – মখোয় অসি তৌদুনা লৌবী নূপীনা পোকপা মচাশিংদি নুংশিহৈতে, লোনম চাউই. বেদ অমসুং যাগ যজ্ঞবু য়েংথীবা পুকচেল চেল্লি ॥ ৪১ ॥

অসুম তৌনা অফবা বিবাহ মখলদা হোঙবী নূপীনা অফবা মচা অদুগা ফত্তবা মখলদা লৌরুবী নূপীগী মচানা ফত্তবা পোকই। মরম অদুনা অফবা বিবাহ তৌবা য়াবগী তাঞ্জা ফংলবদি ফত্তবা মওঙ অদু থক তৌরোইদবনি ॥ ৪২ ॥

শাস্ত্রনা বর্ণ তিন্নবী নূপীতবু পাণিগ্রহণ ( বর কন্যা অনিমক মখুৎ পায়নরগা সপ্তপদীগমন তৌবা সংস্কার মখল ) সংস্কার তৌগনি হায়। অদুগা করিগুম্বা বর্ণ তিন্নদবী নূপী লৌবা তারবদি মথাগী নিয়ম অসি তৌগদবনি ॥ ৪৩ ॥

ব্রাহ্মণনা ক্ষেত্রি নিঙোল লৌবা তারবদি নূপী অদুনা ব্রাহ্মণগী মখুৎতি পায়বা ( খুৎ পুন্নবা ) য়াদে—ব্রাহ্মণগী মখুত্তা পায়বা তেন অদুদা পায়গনি। অদুগা ব্রাহ্মণ অমসুং ক্ষেত্রিনা বৈশ্য নিঙোল লুহোঙলবদি কন্যা অদুনা বরনা পায়রিবা ষণগী শাজৈ মতোন্দা পায়গনি। ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি অমসুং বৈশ্যনা শূদ্র নিঙোলবু লুহোঙলবদি কন্যা অদুনা বরগী ফীজি পায়গনি ॥ ৪৪ ॥

ঋতুকালাভিগামী স্যাৎ স্বদারনিরতঃ সদা।
পর্ব্ববর্জ্জং ব্রজেচ্চৈনাং তদ্‌ব্রতো রতিকাম্যয়া ॥ ৪৫
ঋতুঃ স্বাভাবিকঃ স্ত্রীণাং রাত্রয়ঃ ষোড়শ স্মৃতাঃ।
চতুর্ভিরিতরৈঃ সার্দ্ধমহোভিঃ সদ্বিগর্হিতৈঃ । ৪৬
তাসামাদ্যাশ্চতস্রস্তু নিন্দিতৈকাদশী চ যা।
ত্রয়োদশী চ শেষাস্তু প্রশস্তা দশ রাত্রয়ঃ। ৪৭
যুগ্মাসু পুত্রা জায়ন্তে স্ত্রিয়োঽযুগ্মাসু রাত্রিষু।
তস্মাদ্‌যুগ্মাসু পুত্রার্থী সংবিশেদার্ত্তবে স্ত্রিয়ম্ ॥ ৪৮

---

থাগী ঋতু মতমদা হায়বদি নুমিৎ থা মশক উবা য়াদবা হৌবা নুমিৎতগীনা ১৬ শুবা অহিং ফাওবদা অমাবস্যা, পূর্ণিমা, অষ্টমী, চতুর্দ্দশী অমসুং সংক্রান্তি হায়রিবা পর্ব্বদিন মঙা অসিদি তঙাই-ফদনা থাদোক্লগা লৈপুন ওইনগদবনি। কৈদৌঙৈদসু ঋতুগী মতম অসি থাদোকলোইদবনি। নুপীনা পেন্ননবগীদমক ঋতুগী মতম নত্তবদসু লৈপুন ওইনবা য়াই অদুমদি ওইরগা পর্ব্বদিনশিং অসিদি থাদোক্কদবনি ॥ ৪৫ ॥

নুপীগী ঋতুকাল হায়বসি অহিং ১৬নি খঙ্‌নগনি মসিগী মনুংদা অহানবা নুমিৎ মরিনিদি ফত্তবা চৎপনা মতু য়ান্না হংগোইনফম ওই ॥ ৪৬ ॥

১৬ নি অসিগী মনুংদা অহানবা মরিনি শুবনে, তরামাথোই-নিনে, তরাহুমদোইনিনে—অহিং তরুক অসিদি নুপীগা লৈপুন ওইনবা য়াদে; অরেম্বা অহিং তরা অতুদি অয়াবা ঙাক্তনি ॥ ৪৭ ॥

অতুগা হায়রিবা অহিং ১০ অসিগী মনুংদা ৬, ৮, ১০ অসিন-চিংবা তু-মা শুবা অহিংদা ওইখিবা লৈপুনদা করিগুম্বা গর্ভ ওইখিবা থোক্লবদি মচানিপা পোকই; অদুগা ৫, ৭ নচিংবা তু-মা কায়বা অহিংগী লৈপুনদা গর্ভ ওইরগনা অঙাং অদু নুপী ওই। মরম অদুনা মচানিপা পোক্লিঙ্‌বা মীনা ঋতুগী মতমদা তু-মা শুবা অহিংতদা লৈপুন ওইনগদবনি ॥ ৪৮ ॥

পুমান্ পুংসোঽধিকে শুক্রে স্ত্রী ভবত্যধিকে স্ত্রিয়াঃ।
সমেঽপুমান্ পুংস্ত্রিয়ৌ বা ক্ষীণেঽল্পে চ বিপর্য্যয়ঃ ॥ ৪৯
নিন্দ্যাস্বষ্টাসু চান্যাসু স্ত্রিয়ো রাত্রিষু বর্জ্জয়ন্।
ব্রহ্মচার্য্যেব ভবতি যত্র তত্রাশ্রমে বসন্ ॥ ৫০ ॥
ন কন্যায়াঃ পিতা বিদ্বান্ গৃহ্ণীয়াচ্ছুল্কমণ্বপি।
গৃহ্ণন্ শুল্কং হি লোভেন স্যান্নরোঽপত্যবিক্রয়ী ॥ ৫১
স্ত্রীধনানি তু যে মোহাদুপজীবন্তি বান্ধবাঃ।
নারীযানানি বস্ত্রংবা তে পাপা যান্ত্যধোগতিম্। ৫২
আর্ষে গোমিথুনং শুল্কং কেচিদাহুর্ম্মৃষৈব তৎ।
অল্পোঽপ্যেবং মহান্ বাপি বিক্রয়স্তাবদেব সঃ ॥ ৫৩

---

নিপাগী বীর্য্যনা মরাং কায়বা হেল্লবদি তূ-মা কায়বা হুমিত্তসু মচানিপা পোকই অতুগা নূপীগী বীর্য্যনা হেল্লগনা তূ-মা শুবা হুমিত্তসু নূপী পোকই। নিপা নূপী অনিমক্কী বীর্যনা চাং চপ মান্নবা থোক্লবদি মচা নপুংসক ( নিপা নূপী খণ্ডবা ) নত্রগা ফাইবোক ওইনা পোকই। অতুগা অনিমক্কী বীর্য্যনা মতিক চাত্রবা (তেজ লৈত্রবা) নত্রগা চাং হন্থমল্লবদি খক গর্ভ ওইদে ॥ ৪৯ ॥

খন্দোকপা অহিং ৬, অতুগা লোৌখৎপা অহিং ১০ অসিগী মন্থুংদা ৮ শুবা অহিংগা ১৪ শুবা অহিংগা থাদোক্লগা লেমহৌরিবা পর্ব্ব তাদবা অহিং অনি অতুদা নূপীগা লৈপুন ওইনরবদি নিপা অতুনা করিগুম্বা আশ্রমগী মীওইসু ওইসন্থু—মহাক্কী—ব্রহ্মচর্য্য ওইবা মতৌ অতু খক কায়বা লৈতে ॥ ৫০ ॥

মমল লৌবা ফত্তে হায়বা খণ্ডলবা নূপী মপানা, মচা নিঙোল থাজ-য়োনজবদা খক মমল লৌফদে, মরমদি—মচা য়োন্দুনা চাবগী পাপ লেপ্পমক ফংই ॥ ৫১ ॥

আর্ষ বিবাহদা গোমিথুন ( ষণ মতৈ মনাউ ) লৌবগী রাক্কম অমা হায়খিবতুসু কনা কনাগুম্বনদি মতুসু 'মমল' লৌবনি হায়রৈ, মরমদি নূপীগী মরমদা ওইনা লৌবা ওইবনা থজীত্তং ওইরবসু য়াম্মু

যাসাং নাদদতে শুল্কং জ্ঞাতয়ো ন স বিক্রয়ঃ।
অর্হণং তৎ কুমারীণামানৃশংস্যঞ্চ কেবলম্ ॥ ৫৪
পিতৃভির্ভ্রাতৃভিশ্চৈতাঃ পতিভির্দেবরৈস্তথা।
পূজ্যা ভূষয়িতব্যাশ্চ বহুকল্যাণমীপ্সুভিঃ ॥ ৫৫
যত্র নার্য্যস্তু পূজ্যন্তে রমন্তে তত্র দেবতাঃ।
যত্রৈতাস্তু ন পূজ্যন্তে সর্ব্বাস্তত্রাফলাঃ ক্রিয়াঃ ॥ ৫৬
শোচন্তি জাময়ো যত্র বিনশ্যত্যাশু তৎ কুলম্।
ন শোচন্তি তু যত্রৈতা বর্দ্ধতে তদ্ধি সর্ব্বদা ॥ ৫৭

---

ওইরবস্নু লৌবতবু লৌববদি মতুনা য়োম্থোকপা অতুম শকই অসিনি অদূবু মতুনা অশেংবা মবম ওইবদি নত্তে ॥ ৫২—৫৩ ॥

বরপক্ষনা কন্যাদা পীনিঙ্বা য়াওনা পীজবা লনথুম অতু নূপীগী মপানচিংবনা লৌশিন্দনা মচানূপীদা অতুম্মক পীথোক্লবদি মদূবু য়োনবনি হায়বদি য়াদে মরমদি—অসিগুম্বা মরল অসিদি নূপীমচাশিং অদূবু নুংশিবীতুনা পূজাগী পোৎলম ওইনা পীনবতনি ॥ ৫৪ ॥

কন্যাগী মপা, মবুং, মৌপা, মপুবোয়বা অমস্যুং মনাউনিপাশিংনা হেন্দোক থোইদোক্না য়াইফনিঙ্লবদি কন্যা অদূবু য়াম্না লুনা পীজ-পীথক তৌতুনা মফি-মবোন্নচিংবনা লৈতেংবীগদবনি ॥ ৫৫ ॥

নূপীবু নিঙ্থিবা ফিজেৎ লৈতেং পীতুনা লুনা তৌবা শাগৈ অতুদি লাইশিংনা পেনবি। অতুগা নূপীবু লুনা চান্না তৌবীদবা শাগৈ অতুগীদি যাগ যজ্ঞনচিংবা মখোয়না তৌজবা মঙ্গলগী থবক পুন্নমক অরেম্বদা মাঙ্ই ॥ ৫৬ ॥

ফিজেৎ লৈতেং রাৎপনা মবম ওইতুনা মতম পুন্নমক্তা নূপীনা মথরায় মুংঙাইতবা ইমুং অতুদি থুনমক মুৎশিল্লকই অতুগা চাবা থকপা, ফিজেৎ লৈতেংনচিংবদা মনিঙ্ থুংবনা নূপীনা হরাউন্না লৈবা ইমুং অতুনা অসুম অসুম চাওখৎপা ওইরকই ॥ ৫৭ ॥

**জাময়ো যানি গেহানি শপন্ত্যপ্রতিপূজিতাঃ।**
**তানি কৃত্যাহতানীব বিনশ্যন্তি সমন্ততঃ॥ ৫৮**
**তস্মাদেতাঃ সদা পূজ্যা ভূষণাচ্ছাদনাশনৈঃ।**
**ভূতিকামৈনরৈর্নিত্যং সৎকারেযুৎসবেষু চ॥ ৫৯**
**সন্তুষ্টো ভার্য্যয়া ভর্ত্তা ভর্ত্রা ভার্য্যা তথৈব চ।**
**যস্মিন্নেব কুলে নিত্যং কল্যাণং তত্র বৈ ধ্রুবম্॥ ৬০**
**যদি হি স্ত্রী ন রোচেত পুমাংসং ন প্রমোদয়েৎ।**
**অপ্রমোদাৎ পুনঃ পুংসঃ প্রজনং ন প্রবর্ত্ততে॥ ৬১**
**স্ত্রিয়াস্তু রোচমানায়াং সর্ব্বং তদ্রোচতে কুলম্।**
**তস্যাং ত্বরোচমানায়াং সর্ব্বমেব ন রোচতে॥ ৬২**

---

নহা ওইনিবী য়ুমগী নিঙোল অমদি মৌনচিংববু লুনা তৌবী-দহুনা মখোয় অহুনা শাপ তৌরবা শাগৈ নত্রগা ইমুং অহুদি মচাক মরল অমদি শা-ষণনচিংবগা লোয়ননা, মীনা থামাইরবগুম হিরম পূন্নমক্তা অমাঙবতনা শরাক ওইরকই॥ ৫৮॥

মরম অহুনা চাওখৎপা পান্থশিংনা উৎসব মেলা (লৈবাক্কী কূম্মৈ-ফিয়োং) অমদি য়াইফ-থৌরাঙ্ পূন্নমক্তা শেৎপা চাবা, পূন্নমক্তা নূপীশিংবু মনিঙ্ থুংহন্নবা হোৎনগদবনি॥ ৫৯॥

মতৈ মনাউ অনিমক্না পূকচেল-খোয়জেন তিন্ননা হরাউনা লৈমিন্নবা ইমুং অত্তুদি শোয়দনমক অফবা হায়বত্ত ওই॥ ৬০॥

নিঙ্থিনা ফিজেৎ লৈতেংদবী নূপীনা মপুরোয়ববু খক পেল-হনবা ঙমদে, অসুন্না মপুরোইবগী পেন্ননবা তৌজবা ঙমত্রবদি মচাসু পোকপা মরৈত্রে॥ ৬১॥

নিঙ্থিনা ফিজেৎ লৈতেং তৌহুনা লৈবী নূপীদি মপুরোয়বনা খোয়দাবী ওইবনা অহুগুম্বী নূপী অহুনা বংশবু মঙাল চাউহল্লি। মপুরোয়বনা মমায় লৈথোক্লবী, খোয়দাদ্রবী নূপীদি লমচৎ চুমদবনচিংবা থোক্লক্তুনা শাগৈ অদুবু মিংচৎ থীহল্লকই॥ ৬২॥

কুবিবাহৈঃ ক্রিয়ালোপৈর্বেদানধ্যয়নেন চ।
কুলান্যকুলতাং যান্তি ব্রাহ্মণাতিক্রমেণ চ॥ ৬৩
শিল্পেন ব্যবহারেণ শূদ্রাপত্যৈশ্চ কেবলৈঃ।
গোভিরশ্বৈশ্চ যানৈশ্চ কৃষ্যা রাজোপসেবয়া॥ ৬৪
অযাজ্যযাজনৈশ্চৈব নাস্তিক্যেন চ কর্ম্মণাম্।
কুলান্যাশু বিনশ্যন্তি যানি হীনানি মন্ত্রতঃ॥ ৬৫
মন্ত্রতস্তু সমৃদ্ধানি কু ।ন্যল্পধনান্যপি।
কুলসংখ্যাঞ্চ গচ্ছন্তি কর্ষন্তি চ মহদ্‌যশঃ॥ ৬৬
বৈবাহিকেঽগ্নৌ কুর্ব্বীত গৃহ্যং কর্ম্ম যথাবিধি।
পঞ্চযজ্ঞবিধানঞ্চ পক্তিঞ্চান্বাহিকীং গৃহী॥ ৬৭

---

লৌবা যাদবী ( শাস্ত্রনা থিংবা ) বর্ণগী নুপী লৌবা, জাতকর্ম্ম-ন'চিংবা তৌদ্রবা, বেদ তমদ্রবা অত্থগা ব্রাহ্মণ লুনা তৌদবা--মরম পুন্নমক অসিনা—ফাওবম্বা বংশসু লৈখা তাবা ওইবকই ॥ ৬৩ ॥

লাইযেকপা-শাবনচিংবা খুৎশা হবগী থবক, শেন্দোই চাত্থনা শেল পুথোকপা, শূদ্র নিঙোলতদা মচা খুনবা, যণ-শগোল অমদি দোলাইনচিংবগী লৈবা যোনবা তৌবা, লৌউবগী থবক তৌবা, নিংথৌ খনবা – থবক'শিং অসিদগী ফাওগৎলকপা শাগৈ নাতৈ অত্থসু মমৈদা হা'থবকই ( লৈখা তারকই )॥ ৬৪ ॥

যজমান চাহৈদবা চাবা ( পতিতনচিংবগীদা ), শ্রুতি, স্মৃতিনা হায়বা থবকশিংদা থাজদবা উৎপা, বেদবু খঙনবা হোৎনদবা—অসিগুম্বা মরম পুন্নমক অসিনা শাগৈ অমবু থুনমক নিন্দা তৌনফম ওইরকই ॥ ৬৫ ॥

কবিগুম্বা শাগৈ অমদা বেদ তম্বা, বেদগী অর্থ মুন্না খঙ্‌বা অমদি বেদনা তাকপা থবক নিঙ্‌থিনা পাঙ্‌থোকপা অত্থগুম্বা শাগৈদি শেল থুম য়াম্না লৈত্রবমকসু অফবা শাগৈ মরক্তা অথোইবা ওইনা শীংথানরকই অমদি অথোইবা মিংচৎ ফংলকই ॥ ৬৬ ।

যুম্বাল্লোন্দা চঙ্‌লবা ( যুমলিংলবা ) মীনা লুহোঙ্‌বা মতমদা

**পঞ্চসূনা গৃহস্থস্য চুল্লী পেষণ্যুপস্করঃ।**
**কণ্ডনী চোদকুম্ভশ্চ বধ্যতে যাস্তু বাহয়ন্॥ ৬৮**
**তাসাং ক্রমেণ সর্ব্বাসাং নিষ্কৃত্যর্থং মহর্ষিভিঃ।**
**পঞ্চ কৢপ্তা মহাযজ্ঞাঃ প্রত্যহং গৃহমেধিনাম্॥ ৬৯**
**অধ্যাপনং ব্রহ্মযজ্ঞঃ পিতৃযজ্ঞস্তু তর্পণম্।**
**হোমো দৈবো বলির্ভৌতো নৃযজ্ঞোঽতিথিপূজনম্॥ ৭০**
**পঞ্চৈতান্ যো মহাযজ্ঞান্ ন হাপয়তি শক্তিতঃ।**
**স গৃহেঽপি বসন্নিত্যং সূনাদোষৈর্নলিপ্যতে॥ ৭১**

---

হৌখিবা মৈ অতু লেঙ্দনা থমতুনা য়ূম অমা লিংবগী হৌনবী ( মাগী মাগী ফুংগাগী হৌনবী ) থবক থনা, পঞ্চমহাযজ্ঞগী মনুং চনবা "বৈশ্য-দেব" নচিংবা অনুষ্ঠান ( থবক ) অমদি হুমিৎ খূদিঙ্গী ওইবা চাক ঈনশাং থোংবগী থবক—অসি পূন্নমক পাঙ্থোক্কনি ॥ ৬৭ ॥

লৈরঙ্ ( ফুঙ্গা ), চক্রি নত্রগা মসলা নূং, শুমজিৎ, শূম্বল-শূক অমদি ঈশিং পুন ( ঈশায়ফুনচিংবা )—মঙা অসিনা য়ূমগী "সূনা" হায়বদি থরায় পানবা হাৎফমনি। মঙা অসিবু মাগী মাগী মথৌদা শীজিন্নরকপদা থোকলকপা জীব হিংসাগী পাপশিং অতু য়ূম অতুগী মীশিং অতুনা ফংই ॥ ৬৮ ॥

অসিগুম্বা "পাঞ্চ সূনা" ( পাপ মরম মঙা ) গী পাপ অসিদগী কোক্কবা মহর্ষিশিংনা য়ুম্বাল্লিবা মী খূদিঙ্মক্না পাঙথোক্ফম থোকপা পঞ্চ মহাযজ্ঞ ( যজ্ঞ মখল মঙা ) গী মরম তাকপিরম্মী ॥ ৬৯ ॥

বেদ তম্বা অমসুং তম্বীবগী থবকপুনা 'ব্রহ্মযজ্ঞ', চাক-নচিংবনা ইপা ইপু লাংপা হায়বদি, পেলহন্নবা তৌববু 'পিতৃযজ্ঞ', মৈদা হোম তৌবা ( কৎপা ) বু 'দেবযজ্ঞ', শা-উচেকপু চেঙ্-চাক হুন্দুনা পীজবগী মশক ওইবা বলি ( চবান ) অতুগী মমিংনা 'ভূতযজ্ঞ' অতুগা অতিথি সেবা ( য়ুমদা লাকপা মীবু পীজ-পীথকপা ) বুনা 'মনুষ্য যজ্ঞ' হায়না কৌই ॥ ৭০ ॥

দেবতাতিথিভৃত্যানাং পিতৃণামাত্মনশ্চ যঃ।
ন নির্ব্বপতি পঞ্চানামুচ্ছ্বসন্ ন স জীবতি। ৭২
অহুতঞ্চ হুতঞ্চৈব তথা প্রহুতমেব চ।
ব্রাহ্মং হুতং প্রাশিতঞ্চ পঞ্চযজ্ঞান্ প্রচক্ষতে ॥ ৭৩
জপোঽহুতো হুতো হোমঃ প্রহুতো ভৌতিকো বলিঃ।
ব্রাহ্মং হুতং দ্বিজাগ্র্যার্চ্চা প্রাশিতং পিতৃতর্পণম্ ॥ ৭৪
স্বাধ্যায়ে নিত্যযুক্তঃ স্যাদ্দৈবে চৈবেহ কর্ম্মণি।
দৈবকর্ম্মণি যুক্তো হি বিভর্ত্তীদং চরাচরম্ ॥ ৭৫

---

ঙমলিমখৈ হোৎনহুনা যজ্ঞ মথল মঙা অসিবু নোংমত্তা কাংদনা তৌরিবা মী অহুদি য়ুমলিংবা অমা ওইহুনসু 'পঞ্চসূনা' গী পাপ চঙ্বা তৌদে ॥ ৭১ ॥

লাই, অতিথি, য়োকফম থোকপা মচা মনাইনচিংবা, মপা মপু অমদি মশাগী আত্মা—মঙা অসিবু চৌঞ্জাক হুন্দ্রবা য়ুমগী মী অহুদি স্বর হোন্দোক হোঞ্জিন তৌহুনসু হিংবদি ওইদ্রে হায়বদি মানা হিংবগী কান্নবা লৈদ্রে ॥ ৭২ ॥

কনা কনাগুম্বা মহর্ষিশিংনা পঞ্চমহাযজ্ঞ অসিবু মখাগী অসুম্না খায়দোক্লম্মী মহুদি—"অহুত, হুত, প্রহুত, ব্রাহ্মহুত অমসুং প্রাশিত ॥ ৭৩ ॥

বেদ জপ তৌববু 'অহুত', হোম তৌববু 'হুত', ভূতবলিগী মমিংনা ( শা-ঙা য়োকপা ) 'প্রহুত', অতিথি অমসুং ব্রাহ্মণ সেবা তৌবনা 'ব্রাহ্মহুত', অহুগা ইপা ইপুগী পেন্নবা তর্পণ তৌবনা 'প্রাশিত' হায়না কৌই ॥ ৭৪ ॥

য়ুম্বু অহুনা লায়রবা অনংবা ওইবনা অতিথি সেবানচিংবা তৌবা ঙমজদ্রবদি বেদ তম্বদা অমদি মৈদা হোম তৌবদা মতম পুম্নমক্তা থরায় য়াওনা তৌগনি মরমদি, লাই-তৌনগী থবক্তা পুক্নিঙ্ লূপলিবা দ্বিজাতিশিংনা অচ-চত্ত হায়হুনা লৈব্লিবা জগৎ অসিবু ধারণ তৌরিবনি ( ঙাক্লিবনি ) ॥ ৭৫ ॥

অগ্নৌ প্রাস্তাহুতিঃ সম্যগাদিত্যমুপতিষ্ঠতে।
আদিত্যাজ্জায়তেবৃষ্টির্বৃষ্টেরন্নং ততঃ প্রজাঃ ॥ ৭৬
যথা বায়ুং সমাশ্রিত্য বর্ত্তন্তে সর্ব্বজন্তবঃ।
তথা গৃহস্থমাশ্রিত্য বর্ত্তন্তে সর্ব্ব আশ্রমাঃ ॥ ৭৭
যস্মাৎ ত্রয়োঽপ্যাশ্রমিণো জ্ঞানেনান্নেন চান্বহম্।
গৃহস্থেনৈব ধার্য্যন্তে তস্মাজ্জ্যেষ্ঠাশ্রমো গৃহী ॥ ৭৮
স সন্ধার্য্যঃ প্রযত্নেন স্বর্গমক্ষয়মিচ্ছতা।
সুখঞ্চেহেচ্ছতা নিত্যং যোঽধার্য্যো দুর্ব্বলেন্দ্রিয়ৈঃ ॥ ৭৯

---

মৈদা হোম তৌরবদি মতুনা রস ( মহাউ ) ওন্দুনা আদিত্য ( নুমিৎ ) দেবদা য়োথি, আদিত্য দেবদগী মতুনা অমুক নোং ওন্দুনা তারকই, নোংদগী চাক থোকই অমসুং চাক-তগী প্রজা থোকই ॥ ৭৬ ॥

থরায় পুবা নুংশিৎ (প্রাণবায়ু) তা তুংলগা থরায় পানবা পুন্নমক্না হিংনবগুম গৃহস্থাশ্রমী ( য়ুম্নুরেন) শিংগী মপান তাংতুনা ব্রহ্মচারী-নচিংবা আশ্রমদা লৈবা মী পুন্নমক হিংনরিবনি ॥ ৭৭ ॥

মরম অসিদগী য়ুমলিংবশিংনা ব্রহ্মচারী, বাণপ্রস্থ ( মযুম থাদোক্লুনা বনদা লাইনিঙ্গ্রবা মী ) অমসুং ভিক্ষা নিতুনা চাবা অসিগুম্বা আশ্রম অহুমগী মীওইশিংবু নুমিৎ খুদিংগী পীজ-পীথক তৌতুনা য়োকপা মরম্না গৃহস্থাশ্রম ( য়ুম্নলিংতুনা লৈবা ) না অতৈ আশ্রম পুন্নমক্তগী ফবা হেল্লি হায়বদি মকোকনি ॥ ৭৮ ॥

শিরগা অমাঙ্ অতা লৈতবা স্বর্গ ফংনিঙ্লবা অহুগা চঙ্লি-ডৈদনা নুংঙাই য়াইফ-পান্নিঙ্বা মীশিং অতুনা য়াম্না চেকশিন্না অসিগুম্বা য়ুম্বাল্লোনগী ধর্ম্ম পুন্নমক অসি ঙাক্না চৎকদবনি। ইন্দ্রি খুত্থুম চনবা ঙমদবশিংনদি শেংলবা গৃহস্থাশ্রম ধর্ম্ম (য়ুম্বাল্লোন-ধর্ম্ম) অসি ঙাকপা ঙমগদবা নত্তে ॥ ৭৯ ॥

ঋষয়ঃ পিতরো দেবা ভূতান্যতিথয়স্তথা।
আশাসতে কুটুম্বিভ্য স্তেভ্যঃ কার্য্যং বিজানতা॥ ৮০
স্বাধ্যায়েনার্চ্চয়েতর্ষীন্ হোমৈর্দেবান্ যথাবিধি।
পিতৄন্ শ্রাদ্ধৈশ্চ নৄনন্নৈর্ভূতানি বলিকর্ম্মণা॥ ৮১
কুর্য্যাদহরহঃ শ্রাদ্ধমন্নাদ্যেনোদকেন বা।
পয়োমূলফলৈর্বাপি পিতৃভ্যঃ প্রীতিমাবহন্॥ ৮২
একমপ্যাশয়েদ্বিপ্রং পিত্রর্থে পাঞ্চযজ্ঞিকে।
ন চৈবাত্রাশয়েৎ কিঞ্চিদ্বৈশ্বদেবং প্রতি দ্বিজম্॥ ৮৩
বৈশ্বদেবস্য সিদ্ধস্য গৃহ্যেঽগ্নৌ বিধিপূর্ব্বকম্।
আভ্যঃ কুর্য্যাদ্দেবতাভ্যো ব্রাহ্মণো হোমমন্বহম্॥ ৮৪

ঋষিশিং, ইপা ইপুশিং, লাইশিং, শা-উচেকশিং অমসুং অতিথিশিং—মখোয় পুম্নমক অসিনা য়ুম্বাল্লিবা মীতদগী আশা তৌহুনা লৈবনা শাস্ত্র-খঙ্বা য়ুমলিংবশিংনা মখোয় অসিগী পেন্নবগী দমক তৌফম থোকপা পুম্নমক পাঙ্থোক্কদবনি॥ ৮০॥

বেদ পাঠ তৌবনা ঋষিশিংগী, হোম তৌবনা লাইশিংগী, শ্রাদ্ধ (থাজবা মুংশিবগা লোয়ননা পীবা) না ইপা-ইপুশিংগী, চাক (চৌঞ্জাক) না মীওইবশিংগী অমসুং বলিনা শা-উচেকনচিংবা জাবশিংগী পেন্নবা হৌনবী মতুংইন্না তৌগনি॥ ৮১॥

ইপা-ইপুনা পেনবিনবগীদমক নুমিৎ খুদিঙ্গী চাক-না ওই-রবসু, ঈশিংতনা ওইরবসু, শঙ্গোম নত্রগা উহৈ রাহৈনা ওইরবসু অঙম্বা মওঙ্দা শ্রাদ্ধ তৌগনি॥ ৮২॥

পঞ্চযজ্ঞগী মনুং চনবা পিতৃযজ্ঞদা ব্রাহ্মণ মশীং য়াম্না পীজ-পীথক তৌবা ঙমত্রবদি ব্রাহ্মণ অমত্তং পীজগনি অদুগা 'বৈশ্বদেব' নচিংবা থবক্কীদমক্তদি ব্রাহ্মণ পীজবগী কান্নবা লৈতে॥ ৮৩॥

দ্বিজাতিশিংনা নুমিৎ খুদিঙ্গী ওইনা শেংদোক্লবা মৈদা বৈশ্ব-দেবগীদমক অথোম্বা চারা হায়রকদোরিবা লাইশিং অসিগী হোম তৌগনি॥ ৮৪॥

অগ্নেঃ সোমস্য চৈবাদৌ তয়োশ্চৈব সমস্তয়োঃ।
বিশ্বেভ্যশ্চৈব দেবেভ্যো ধন্বন্তরয় এব চ॥ ৮৫
কুহ্বৈ চৈবানুমত্যৈ চ প্রজাপতয় এব চ।
সহ দ্যাবাপৃথিব্যোশ্চ তথাস্বিষ্টকৃতেঽন্ততঃ॥ ৮৬
এবং সম্যগ্‌ঘবির্হুত্বা সর্ব্বদিক্ষু প্রদক্ষিণম্।
ইন্দ্রান্তকাপ্‌পতীন্দুভ্যঃ সানুগেভ্যো বলিং হরেৎ॥ ৮৭
মরুদ্ভ্য ইতি তু দ্বারি ক্ষিপেদপ্‌স্বদ্ভ্য ইত্যপি।
বনস্পতিভ্য ইত্যেবং মুষলোলূখলে হরেৎ। ৮৮

---

অহানবদা অগ্নি অমসুং সোমগী. মথংদা অগ্নিসোম পুন্নমক্তী, মথংদা বিশ্বদেব অমসুং ধন্বন্তরিগী হোম তৌগনি। মন্ত্রদি —অগ্নয়ে স্বাহা, সোমায় স্বাহা। অগ্নীসোমাভ্যাং স্বাহা। বিশ্বেভ্যো দেবেভ্যঃ স্বাহা, ধন্বন্তরয়ে স্বাহা ॥ ৮৫ ॥

মথংদা কুহু, অনুমতি, প্রজাপতি, মথংদা সহ হায়বদি দ্যাবা পৃথিবী অদুগা মমৈদনা স্বিষ্টকৃৎ হায়বা মৈগী হোম তৌগনি। মন্ত্রদি —কুহ্বৈ স্বাহা, অনুমত্যৈ স্বাহা, প্রজাপতয়ে স্বাহা, দ্যাবা-পৃথিবীভ্যাং স্বাহা অমসুং অগ্নয়েস্বিষ্টকৃতে স্বাহা ॥ ৮৬ ॥

হায়খ্রিবা অসুন্না পূক্লিঙ্‌ চঙ্‌না। ঘি-নচিংবনা লাই খুদিঙ্‌মক্তী হোম তৌবগা নোপোক্তগী হৌনা য়েংওইননা মায়কৈ পুন্নমক্তা কোয়বক্তুনা ইন্দ্র, যম, বরুণ সোম অমসুং মখোয়গী মতুংইনবা লাইশিংগী বলি পীগনি। মন্ত্রদি—নোংপোক্তা ইন্দ্রায় নমঃ, ইন্দ্রপুরুষেভ্যো নমঃ। মখাদা যমায় নম', যমপুরুষেভ্যো নমঃ, নোংচুপ্তা বরুণায নমঃ, বরুণপুরুষেভ্যো নমঃ, অরাংদা—সোমায় নমঃ, সোমপুরুষেভ্যো নমঃ ॥ ৮৭ ॥

মথংদা থোঙ্‌জীন্দা 'মরুদ্ভ্যো নমঃ" ঈশিংদা 'অদ্ভ্যো নমঃ' শূক নত্রগা শূম্বন্দা 'বনস্পতিভ্যো নমঃ" অসি হায়রুনা বলি পীগনি ॥ ৮৮

উচ্ছীর্ষকে শ্রিয়ৈ কুর্য্যাদ্ভদ্রকাল্যৈ চ পাদতঃ।
ব্রহ্মবাস্তোস্পতিভ্যান্তু বাস্তুমধ্যে বলিং হরেৎ॥ ৮৯
বিশ্বেভ্যশ্চৈব দেবেভ্যো বলিমাকাশ উৎক্ষিপেৎ।
দিবাচরেভ্যো ভূতেভ্যো নক্তঞ্চারিভ্য এব চ॥ ৯০
পৃষ্ঠবাস্তুনি কুর্ব্বীত বলিং সর্ব্বাত্মভূতয়ে।
পিতৃভ্যো বলি শেষন্তু সর্ব্বং দক্ষিণতো হরেৎ॥ ৯১
শুনাঞ্চ পতিতানাঞ্চ শ্বপচাং পাপ রোগিণাম্।
বায়সানাং ক্রমীণাঞ্চ শনকৈর্নির্ব্বপেদ্ভুবি॥ ৯২

বাস্তুপুরুষকী মকোক্তা চীংখৈ পাংবদা লক্ষ্মীবু 'শ্রিয়ৈ নমঃ' হায়তুনা, মখোঙ্‌দা মোইরাংলায়জি পাংবদা ভদ্রকালীবু 'ভদ্রকাল্যৈ নমঃ' হায়তুনা অতুগা ইমুং লময়ায়দনা ব্রহ্মাবু 'ব্রহ্মণে নমঃ' হায়তুনা অমসুং বাস্তুদেববুনা 'বাস্তোস্পতয়ে নমঃ' হাযতুনা বলি কৎকনি (বাস্তুদেব—যুমগী লাই, য়ুম কোয়বা, য়ুমগী মপুবু খঙ্‌নৈ)॥ ৮৯॥

অতুগা 'বিশ্বেভ্যো দেবেভ্যো নমঃ' হায়তুনা ইমুং লমযায়গী মথক অহাঙ্‌বদা লৈবা লাই পুম্নমকপু "দিবাচরেভ্যো ভূতেভ্যো নমঃ" হাযতুনা দিবাচর (অয়ুক হুংথিল চাক্তাবা) ভূত মখৈবু অমসুং "নক্তঞ্চরেভ্যো ভূতেভ্যো নমঃ" হায়তুনা অহিং চাক্তাবা ভূত-শিংগী দমক্তা অহাঙ্‌বদা চাইখত্তুনা বলি (চবান) পীগনি॥ ৯০॥

মথোল অনি লোঙ্‌বা য়ুম্বু 'পৃষ্ঠবাস্তু' কৌই। মফম অতুদা নত্রগা বলি পীবিবা মী অতুগী মনমগনলোম থংবা লমদমদা হায়বদি মথক থংবা য়ুম অতুগী লৈমায়দা 'সর্ব্বাত্মভূতয়ে নমঃ' অসি হায়তুনা ভূত খিবীকপু বলি পীগনি অতুগা অরেম্বা চাক অতুনা মখারোমদা মায় মখা ওল্লগা য়েৎকী লেংবান্দা নগুণ থাংতুনা ওয়গী শেগা ওস্থরগা ইপা-ইপুশিংবু 'স্বধাপিতৃভ্যঃ' হায়তুনা বলি পীগনি॥ ৯১॥

অতোপ্পা চাক হাপ্পা পাত্র পায়রগা উফুন তোৎলোইদবা লৈমায় মচি অমদা হুই, পতিত (জাৎ তারবা), হুই জল্লোন্দুনা চাবা চণ্ডাল, পাপ-রোগ পকপা (ক্ষত্তবা, কোকওমদবা লাইথুং

এবং যঃ সর্ব্বভূতানি ব্রাহ্মণো নিত্যমর্চ্চতি।
স গচ্ছতি পরং স্থানং তেজোমূর্ত্তি পথর্জ্জুনা ॥ ৯৩
কৃত্বৈতদ্বলিকর্ম্মৈবমতিথিং পূর্ব্বমাশয়েৎ।
ভিক্ষাঞ্চ ভিক্ষবে দদ্যাদ্বিধিবদ্ ব্রহ্মচারিণে ॥ ৯৪
যৎ পুণ্যফলমাপ্নোতি গাং দত্ত্বা বিধিবদ্গুরোঃ।
তৎ পুণ্যফলমাপ্নোতি ভিক্ষাং দত্ত্বা দ্বিজো গৃহী ॥ ৯৫
ভিক্ষামপ্যুদপাত্রং বা সৎকৃত্য বিধিপূর্ব্বকম্।
বেদতত্ত্বার্থবিদুষে ব্রাহ্মণায়োপপাদয়েৎ। ৯৬

---

থুংবা মী, ক্বাক অমসুং কক্চেং-খোয়ানচিংবা তীলশিংবু চাকথাক পীগনি ॥ ৯২ ॥

অসুম তৌদুনা হুমিৎ খুদিঙ্গী থব্বায় পানবা পুন্নমকপু চাক-থাক হুনবা ( বলি ) দ্বিজাতি অদুদি মঙাল চাউনা-শন্দোকপা মুর্ত্তি অমা ওইনা অচুম্বা লম্বেলদা ব্রহ্মগী লৈফম তাম্না চত্না ব্রহ্মদা তিল্লি ॥ ৯৩ ॥

মওঙ্ অসুন্না বলি পীবগী ( চাকথাক হুনবগী ) থবক লোই-খোল্লগা য়ুম্বুনা অহানবমক্তদা অতিথিবু পীজগনি অদুগা চাকনিবা নত্রগা ব্রহ্মচারীবু হৌনবী মতুংইন্ন ভিক্ষা হাপকনি ॥ ৯৪ ॥

গুরুদা সনানা মচি অনিমক য়োম্নবা ষণবী কত্নুনা ফংবা ব্রহ্মচারীগী পুণ্য অদু য়ুমলিংবা দ্বিজনা চাকনিবদা ভিক্ষা হাপ্লবদি গৃহস্থাশ্রমদা লৈনা লৈনা অদুগুম্বা পুণ্য অদু ফংই ॥ ৯৫ ॥

য়ুমলিংবা মীনা চাক য়াম্না লৈজদ্রবসু চাক-ঈনশাং চখোম অমত্তং ওইরবসু মতুমকসু লৈত্রগা ঈশিং হাপ্পা পাত্র অমত্তং হৌনবী মতুংইন্না স্বস্তিবাচন ( মঙ্গলগী থবক তৌবদা হায়বা হৌনবা মরোল ) নগিংবা তৌদুনা পূজা কৎলগা বেদগী অরুবা অর্থতত্ত্ব মুন্না খঙলবা ব্রাহ্মণদা কৎকনি ॥ ৯৬ ॥

নশ্যন্তি হব্যকব্যানি নরাণামবিজানতাম্ ।
ভস্মীভূতেষু বিপ্রেষু মোহাদ্দত্তানি দাতৃভিঃ ॥ ৯৭
বিদ্যাতপঃ সমৃদ্ধেষু হুতং বিপ্রমুখাগ্নিষু ।
নিস্তারয়তি দুর্গাচ্চ মহতশ্চৈব কিল্বিষাৎ ॥ ৯৮
সম্প্রাপ্তায় ত্বতিথয়ে প্রদদ্যাদাসনোদকে ।
অন্নঞ্চৈব যথাশক্তি সংকৃত্য বিধিপূর্ব্বকম্ ॥ ৯৯
শিলানপ্যুঞ্ছতো নিত্যং পঞ্চাগ্নীনপি জুহ্বতঃ ।
সর্ব্বং সুকৃতমাদত্তে ব্রাহ্মণোঽনর্চ্চিতো বসন্ ॥ ১০০

---

কনাগুম্বা ব্রাহ্মণনা সৎপাত্র ( মতিক চাবা দান তৌফম ) মশক খঙদহনা ইপঙ্ পঙনা বেদগী অর্থ খঙদবা, জ্ঞান তানগে হায়নসু হোৎদবা ব্রহ্মণদা মপা মপু অমদি লাইগী পেন্নবগীদমক হব্য-কব্য দান তৌরবদি মাগী দান পূন্নমক অহু উৎতা ঘি হৈবগুম্না মহৈ য়ান্দে ॥ ৯৭ ॥

বিদ্যা অমসুং তপস্যা তৌবনা মঙাল চেল্লবা ব্রাহ্মণগী মচীনদি অগ্নিগী মশক্তি ; মহুদা আহুতি পীববদি ( পীজ-পীথক তৌববদি ) অরা-অনা অয়াম্বা অমদি অচৌবা পাপ পূন্নমক্তগী লাম্থোকপা ঙম্মী ॥ ৯৮ ॥

য়ুম্বাল্লিবা মীনা য়ুমদা লাকপা অতিথিবু মশামক্কা হোনবী মতুং ইন্না পূজা কৎলগা আসন, খোঙ্ হামদোকবা ঈশিং অমদি ওমজবা চানবা চাক-ঈশিং পীগনি ॥ ৯৯ ॥

শিল-উঞ্ছ-বৃত্তিনা হিংনবা লায়রবা মী ওইরবসু নম্রগা হুমিং থৃদিঙ্গী পঞ্চাগ্নি ( মৈ মথল মঙা — আহবনীয়, গার্হপত্য, দক্ষিণ, আবসথ্য অমসুং সভ্য ) হোম তৌবা ওইরবসু য়ুম্বানবা মীনা ময়ুমদা লাকপা ব্রাহ্মণ অতিথিবু লুনা তৌরবদি মানা তৌজবা পুণ্য পূন্নমক অতিথি অহুনা লৌখি ॥ ১০০ ॥

তৃণানি ভূমিরুদকং বাক্ চতুর্থী চ সুনৃতা ।
এতান্যপি সতাং গেহে নোচ্ছিদ্যন্তে কদাচন ॥ ১০১
একরাত্রন্তু নিবসন্নতিথির্ব্রাহ্মণঃ স্মৃতঃ ।
অনিত্যং হি স্থিতো যস্মাৎ তস্মাদতিথিরুচ্যতে ॥ ১০২
নৈকগ্রামীণমতিথিং বিপ্রং সাঙ্গতিকং তথা ।
উপস্থিতং গৃহে বিদ্যাদ্ভার্য্যা যত্রাগ্নয়োঽপি বা ॥ ১০৩
উপাসতে যে গৃহস্থাঃ পরপাকমবুদ্ধয়ঃ ।
তেন তে প্রেত্য পশুতাং ব্রজন্ত্যন্নাদিদায়িনাম্ । ১০৪

---

লমচং খঙ্‌বশিংগী মযূমদদি, অরাকপা অতিথিবু মথক্তা হায়-খ্রিবা চাক্লচিংবা দান তোবমক ওইথোক্ত্রবস্থু অতিথিগী হিপ্নবগীদমক নাপী, ফম্ননবা লৈমায়, খোঙ্‌ হান্নবা ঈশিং অদুগা মরিগুবদনা নিঙ্‌থিবা রাহৈ—অসিনচিংবগী অরাৎপাদ খক থোক্কে ॥ ১০১ ॥

অতিথি কৌবদি অহিং অমত্তং মীগী য়ুমদা লেক্ত্রনা লৈবা ব্রাহ্মণবু হায়বনি । মীগী মযূমদা তিথি অমদগী হেন্না অতোপ্পা তিথি অমা লান্না হায়বদি নিনি শুনা খক লৈতে হায়বদগী অতিথি কৌবনি ॥ ১০২ ॥

খুল অমত্তদা লৈমিন্নবা অমদি ফাগি-ফরাঙ্‌ তৌনা তিন্নবা অতুগুম্বা ব্রাহ্মণবুদি নূপী অমসুং মৈ লৈবা ইমুং ওইতুনস্থু হায়বদি বৈশ্যদেবগী মতমদমক লাকপা থোক্লবস্থু মহাক অদুবুদি অতিথি ওইনা লৌরোই । মসিনা তাকপদি নূপী অমদি মৈ লৈতবা, লংকৈদা লৈবা ব্রাহ্মণশিংগীদি অতিথি হায়বা লৈত্রে হায়বনি ॥ ১০৩ ॥

মীচেঙ্‌ চাবগী দোয খঙ্‌না খঙ্‌না য়ুম্বাল্লিবা মীনা অপাগ্বনা যাঙ্‌ওইনতুনা থুঙ্গঙ্‌ রাংমা লান্না চত্তুনা মীগীদা চাক চারুরবদি মতুগী পাপনা মহাক অতু চাক পীজরিবা মী অদুগী শা-যণ ওইনা পোক্লুই ॥ ১০৪ ॥

অপ্রণোদ্যোঽতিথিঃ সায়ং সূর্য্যোঢ়ো গৃহমেধিনা।
কালে প্রাপ্তস্ত্বকালে বা নাস্যানশ্নন্ গৃহে বসেৎ॥ ১০৫
ন বৈ স্বয়ং তদশ্নীয়াদতিথিং যন্ন ভোজয়েৎ।
ধন্যং যশস্যমায়ুষ্যং স্বর্গ্যঞ্চাতিথিপূজনম্॥ ১০৬
আসনাবসথৌ শয্যামনুব্রজ্যামুপাসনাম্।
উত্তমেষূত্তমং কুর্য্যাদ্ধীনে হীনং সমে সমম্॥ ১০৭
বৈশ্বদেবে তু নির্ব্বৃত্তে যদ্যন্যোঽতিথিরাব্রজেৎ।
তস্যাপ্যন্নং যথাশক্তি প্রদদ্যান্ন বলিং হরেৎ॥ ১০৮

---

নুমিৎ তাশ্রবদসু য়ুমদা লাকপা অতিথিবু লৎনবা য়োনদে। অতিথি অতুনা অনিশুবা বৈশ্যদেবগী মতমদসু ( নুমিৎ তাশ্রবদসু ) লাকসনু নত্রগা চাক তোক্নরবদসু লাকসনু, মহাক অদূবু খক চরা হেলহল্লোইদবনি, পীজগদবনি ॥ ১০৫ ॥

অতিথি সেবানা লন, মিংচৎ, পুন্সী অমসুং স্বর্গ ফংবা মবন্না থোইদোক হেন্দোক্না ফবা চৌঙাক ওইরবসু মতু অতিথিদদি পীজদনা য়ূম্বু মশানা চাবোইদবনি ( হায়বদি অতিথি অতুতা পেন্নবা তৌগ-দবনি ) ॥ ১০৬ ॥

মতম অমত্তদা অতিথি ময়াম পুল্লববদি আসন. পোত্থাফম, ফম্মুং কাংথোয়চিংবা পীবা, লৈবিঙৈমখৈ সেবা তৌবা অতুগা হনখিবা মতমদা মতুং ইন্দুনা থিন্দোকপা—অসি পুন্নমক অথোই অহেন য়েংনা তৌগনি। অথোইবা অতিথিবু থোইদোক্না, অতোনববু তোম্বনা অমসুং লেংগা ওইববুনা থোং মান্ননা সেবা তৌগনি। অতিথি পুন্নমক্তা চপ মান্নবা শাজৎ চৎলোইদবনি ॥ ১০৭ ॥

বৈশ্যদেবগী থবক্তগীনা অতিথিবু পীজ-পীথক তৌবা ক্নাওবা লোইশ্রবদা অতোপ্পা অতিথি অমা অমুক লাক্লবদি মাবুসু অমুক হন্না চাক থোংহুনা পীজ-পীথকনি। অতুমদি ওইরগা মতুগীদমক অমুক হন্না বৈশ্যদেব বলিগী থৌরাঙ্দি তৌররোই ॥ ১০৮ ॥

ন ভোজনার্থং স্বে বিপ্রঃ কুলগোত্রে নিবেদয়েৎ।
ভোজনার্থং হিতে শংসন্ বান্তাশীত্যুচ্যতে বুধৈঃ॥ ১০৯
ন ব্রাহ্মণস্য ত্বতিথির্গৃহে রাজন্য উচ্যতে।
বৈশ্যশূদ্রৌ সখা চৈব জ্ঞাতয়ো গুরুরেব চ॥ ১১০
যদি ত্বতিথিধর্মেণ ক্ষত্রিয়ো গৃহমাব্রজেৎ।
ভুক্তবৎসু চ বিপ্রেষু কামং তমপি ভোজয়েৎ। ১১১
বৈশ্যশূদ্রাবপি প্রাপ্তৌ কুটুম্বেঽতিথিধর্মিণৌ।
ভোজয়েৎ সহ ভৃত্যৈস্তাবানৃশংস্যং প্রযোজয়ন্॥ ১১২
ইতরানপি সখ্যাদীন্ সম্প্রীত্যা গৃহমাগতান্।
প্রকৃত্যান্নং যথাশক্তি ভোজয়েৎ সহ ভার্য্যয়া॥ ১১৩

---

ব্রাহ্মণনা, চাবা ফংনবগীদমক মশাগী য়ুম্নাক শাগৈ অমদি গোত্র ফোংদোক্লোইদবনি। চাবগীদমক্তা মশাগী য়ুম্নাক শাগৈ গোত্রবু থাগৎপা মীওইশিং অদুবু পণ্ডিতশিংনা 'বান্তাশী' (অওবা চাবা) হায়না খঙ্‌নৈ ॥ ১০৯ ॥

ব্রাহ্মণগী য়ুম্‌দা ক্ষেত্রি, বৈশ্য অমসুং শূদ্র লাক্লবদি মখোয়বু অতিথি কৌরুবা য়াদে। য়ুম্‌দা লাকপা মরূপ-মপিজা, শাগৈ অমসুং গুরু—মখোয় অসিবুসু অতিথি কৌরুবা য়াদে ॥ ১১০ ॥

অদুগা ক্ষেত্রি ওইরবসু ব্রাহ্মণগী য়ুম্‌দা অতিথি ওইনা লাক্লবদি অহানবদা ব্রাহ্মণ অতিথিশিংবু পীজবা লোইরগা মাবু কোম্না পীজগনি ॥ ১১১ ॥

ব্রাহ্মণগী য়ুম্‌দা বৈশ্য, শূদ্রনা অতিথি ওইনা লাক্লবদি হুংশি-বীবগা লোয়ননা মচা-মনাইশিংগা লোয়ননা মখোয়বুসু পীজগনি ॥ ১১২ ॥

হাযখ্রিবা অসুম্না পীজ-পীথকপা মতমদা ক্ষেত্রিনচিংবদি নত্তনা মরূপ অমদি লাইরিক তম্মিন্নরকপা মীওইনা মরূপ-মপিজা ওইবগী ফিবমদা য়ুম্‌দা লাক্লবদি ওমজবা মওঙ্‌দা চেকশিন্না চাক ঈনশাং

সুবাসিনীঃ কুমারাংশ্চ রোগিণো গর্ভিণীস্তথা।
অতিথিভ্যোঽগ্র এবৈতান্ ভোজয়েদবিচারয়ন্ ॥ ১১৪
অদত্ত্বা তু য এতেভ্যঃ পূর্ব্বং ভুঙ্‌ক্তেঽবিচক্ষণঃ।
স ভুঞ্জানো ন জানাতি শ্বগৃধ্রৈর্জগ্ধিমাত্মনঃ ॥ ১১৫
ভুক্তবৎস্বথ বিপ্রেষু স্বেষু ভৃত্যেষু চৈব হি।
ভুঞ্জীয়াতাং ততঃ পশ্চাদবশিষ্টন্তু দম্পতী ॥ ১১৬
দেবানৃষীন্ মনুষ্যাংশ্চ পিতৃন্ গৃহ্যাশ্চ দেবতাঃ।
পূজয়িত্বা ততঃ পশ্চাদ্ গৃহস্থঃ শেষভুগ্‌ভবেৎ ॥ ১১৭
অঘং স কেবলঃ ভুঙ্‌ক্তে যঃ পচত্যাত্মকারণাৎ।
যজ্ঞশিষ্টাশনং হ্যেতৎ সতামন্নং বিধীয়তে ॥ ১১৮

---

লাঙ্‌থনা য়ুম্বু নুপী অহনা চাবা মতমদা মশামক্তা মখোয় অদূবুসু পীজগনি ॥ ১১৩ ॥

মৌ অনৌবীনে, মচাগী মমৌ নত্রগা মচানুপীনে, অঙাংনুবী-শিংনে, অনাবনে, মশারাইশংদবী নুপীনে- মখোয় অসিবুদি কবি-গুম্বা বিচার অমত্তা তৌদনা অতিথিগী মমাঙ্‌থানা পীজগনি ॥ ১১৪ ॥

খঙ্‌দবা কনাগুম্বনা, অতিথিদগী হৌত্ননা মীনাই ফাওববু পীজত্রিঙৈদা মশানা হান্না চাথোক্লবদি মানা শিবগা হুই, লাঙ্‌জানা মাগী মশা অত্থ শেত্তুনা চাগনি হায়বসি মশানা খক খঙ্‌জদে ॥ ১১৫

অহানবদা ব্রাহ্মণ, শাগৈ অমসুং মনাই মশলনচিংত্থনা মাগী মীমখৈ পীজথোক্লগা লেমহৌবা খরা অত্থ য়ুম্বু মতৈ-মনাউনা চাগ-দবনি ॥ ১১৬ ॥

লাই, ঋষি, মী, মপা মপু অমদি য়ুমকোনবা লাই পুম্নমক অসিবু চাকনচিংবনা পূজা কৎলগা য়ুম্বু মতৈ-মনাউনা অবেম্বত্থ কোম্না চাগদবনি ॥ ১১৭ ॥

যজ্ঞদগী লেমহৌবা চাক অত্থতনা সাধুশিংগী চীঞাক্নি হায়বনা,

রাজর্ত্বিক্‌ স্নাতকগুরূন্‌ প্রিয়শ্বশুরমাতুলান্‌ ।
অর্হয়েন্মধুপর্কেণ পরিসংবৎসরাৎ পুনঃ ॥ ১১৯
রাজা চ শ্রোত্রিয়শ্চৈব যজ্ঞকর্ম্মণ্যুপস্থিতৌ ।
মধুপর্কেণ সম্পূজ্যৌ ন ত্বযজ্ঞ ইতি স্থিতিঃ ॥ ১২০
সায়ংত্বন্নস্য সিদ্ধস্য পত্ন্যমন্ত্রং বলিং হরেৎ ।
বৈশ্বদেবং হি নামৈতৎ সায়ং প্রাতর্বিধীয়তে ॥ ১২১
পিতৃযজ্ঞন্তু নির্ব্বর্ত্ত্য বিপ্রশ্চন্দ্রক্ষয়েঽগ্নিমান্‌ ।
পিণ্ডান্বাহার্য্যকং শ্রাদ্ধং কুর্য্যান্মাসানুমাসিকম্‌ ॥ ১২২
পিতৄণাং মাসিকং শ্রাদ্ধমন্বাহার্য্যং বিধুর্বুধাঃ ।
তচ্চামিষেণ কর্ত্তব্যং প্রশস্তেন প্রযত্নতঃ ॥ ১২৩

মথন্তুগীদমক্তা থোংলগা মথন্তা চাথোকপা মী অতুদি পাপ চারবনি ॥ ১১৮ ॥

চহি লানখ্রবদা 'পূজা তৌখিবা চহি অমা হেল্লবদা) কনাগুম্বগী ময়ূমদা নিংথৌ, পুরোহিত, স্নাতক ব্রাহ্মণ, গুরু, মচানূপী লৌবা মন্ধাক ( নিঙোল মবা ), মকুবোক অমদি মমাগা পোকমিন্নবা মামা —মখোয় অসি লাক্লবদি চৎনবী মতুংইন্না মধুপর্কনা মখোয়বু পূজা তৌগনি ॥ ১১৯ ॥

চহি লাল্লগা তৌবা যজ্ঞগী থবক্তা নিংথৌ অমসুং স্নাতক ব্রাহ্মণ লাক্লবদি মধুপর্কনা পূজা তৌগনি অতুমদি ওইরগা যজ্ঞ তৌদবা অতৈ মতমদা লাক্লবদি মধুপর্কনা পূজা তৌরোই ॥ ১২০ ॥

বৈশ্যদেব—যূমগী নূপীনা অয়ূক অমসুং য়াচঙ্‌বা মতমদা অথোংবা চাকনা মন্ত্র য়াওদনা লাইশিংগীদমক পীবা বলিবু 'বৈশ্যদেব কর্ম্ম' হায়না কৌই ॥ ১২১ ॥

সাগ্নিক ওইবা ( যজ্ঞগী মৈ মুংহন্দবা ) দ্বিজনা অমাবস্যাদা পিণ্ডনা পিতৃযজ্ঞ তৌরগা মতুংদা থা খূদিঙ্‌গী ওইনা 'পিণ্ডান্বা-হার্য্যক' কৌবা শ্রাদ্ধ অতু শোনগনি ॥ ১২২ ॥

সাগ্নিক দ্বিজনা থা খূদিঙগী অমাবস্যাদা তৌবা হৌনবা পিতৃ

তত্র যে ভোজনীয়াঃ স্যুর্যে চ বর্জ্জ্যা দ্বিজোত্তমাঃ।
যাবন্তশ্চৈব যৈশ্চান্নৈস্তান্ প্রবক্ষ্যাম্যশেষতঃ॥ ১২৪
দ্বৌ দৈবে পিতৃকার্য্যে ত্রীনেকৈকমুভয়ত্র বা।
ভোজয়েৎ সুসমৃদ্ধোঽপি ন প্রসজ্জেত বিস্তরে॥ ১২৫
সৎক্রিয়াং দেশকালৌ চ শৌচং ব্রাহ্মণসম্পদঃ।
পঞ্চৈতান্ বিস্তরো হন্তি তস্মান্নেহেত বিস্তরম্॥ ১২৬
প্রথিতা প্রেতকৃত্যৈষা পিত্র্যং নাম বিধুক্ষয়ে।
তস্মিন্ যুক্তস্যৈতি নিত্যং প্রেতকৃত্যৈব লৌকিকী॥ ১২৭

---

শ্রাদ্ধ অদুবু পণ্ডিতশিংনা 'অন্বাহার্য্য' শ্রাদ্ধ হায়না কৌই। মসি অফংবা আমিষ (শা-ঙা) না যতন তৌনা পাঙথোক্কদবা ওই ॥ ১২৩ ॥

অসিগুম্বা শ্রাদ্ধদা পীজগদবা ব্রাহ্মণ, চাগদবা চাক ঈনশাংনচিংবতু হে অথোইবা ব্রাহ্মণ পুন্নমক! মতু পুন্নমক ঐনা হুজীক হায়রক্কে ॥ ১২৪ ॥

লাইগী থবক্তা ব্রাহ্মণ অনি, ইপাইপুগী থবক্কনা অহুম অতু নত্রগা লাইগী পেন্নবা তৌবদসু ইপাইপুগীদসু ব্রাহ্মণ অমমম পীজগনি। ইনাক-কৈরাকখুনবা ওইতুনসু মসিদগী থক হেন্না ব্রাহ্মণ ভোজন তৌরোইদবনি ॥ ১২৫ ॥

ব্রাহ্মণ মশীং য়াম্নবদি মখোয়গী মতিক চাবা মফম পীনবা হোৎনবা, মতম চাবা চাদবা, অমাং-অশেং অমদি কনানা হেনবা কনানা তাবা অসিনচিংবগী রাখল—মরম মঙা অসিদা অরেপ্পা থম্বা ঙম্নক্কে। মরম অতুনা ব্রাহ্মণ য়াম্নবা হোৎনরোইদবনি ॥ ১২৬ ॥

অমাবস্যা খুদিঙগী তৌবা শ্রাদ্ধ অসিনা ইপা ইপুবু পেলহনবনা অসিগুম্বা ইপা ইপু লাৎপগী থবক কায়দনা তৌবা মী অহুদি মগুণ চেনবা মচা-মশু অমদি মরুল-মথুম ফংই ॥ ১২৭ ॥

শ্রোত্রিয়ায়ৈব দেয়ানি হব্যকব্যানি দাতৃভিঃ।
অর্হত্তমায় বিপ্রায় তস্মৈ দত্তং মহাফলম্ ॥ ১২৮
একৈকমপি বিদ্বাংসং দৈবে পিত্র্যে চ ভোজয়েৎ।
পুষ্কলং ফলমাপ্নোতি নামন্ত্রজ্ঞান্ বহূনপি ॥ ১২৯
দূরাদেব পরীক্ষেত ব্রাহ্মণং বেদপারগম্।
তীর্থং তদ্ধব্যকব্যানাং প্রদানে সোঽতিথিঃ স্মৃতঃ ॥ ১৩০
সহস্রং হি সহস্রাণামনৃচাং যত্র ভুঞ্জতে।
একস্তান্ মন্ত্রবিৎ প্রীতঃ সর্ব্বানর্হতি ধর্ম্মতঃ ॥ ১৩১
জ্ঞানোৎকৃষ্টায় দেয়ানি কব্যানি চ হবীংষি চ।
ন হি হস্তাবসৃগ্দিগ্ধৌ রুধিরেণৈব শুধ্যতঃ ॥ ১৩২

দান তৌবা মীশিংনা পূজা তৌবদা মতিক চারবা বেদ খঙবা ব্রাহ্মণবু লাই অমদি ইপা ইপুগীদমক কৎপা হব্য কব্য ( ঘি অমসুং শ্রাদ্ধগী মপোৎ ) নচিংবা চীঞ্জাকশিং অতু দান তৌগনি। অসি-গুম্বা ব্রাহ্মণদা দান তৌবদি মহে চাউনা ফংই ॥ ১২৮ ॥

দ্বিজশিংনা লাই অমসুং ইপা ইপুগীদমক্তা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণ অমমমতবু পীজবদা থোইদোক হেন্দোকপা ফল ফংই অতুগা বেদ হৈতবা ব্রাহ্মণ ময়াম পীজত্নসু ফল অতু ফংবা ঙমদে ॥ ১২৯ ॥

বেদ হৈবা ব্রাহ্মণগীসু মপা মপুগী হাক্তক্তা কদাই ফাওবা ইকাই খুম্নফম ওইরম্বা হাযবতু হান্ননা য়েংগনি। অসুম তৌনা অহল্লম্মন হাক্তক্তগী হৌনা মথং মথং বেদ হৈরকপগী ধারা ওইববদি মহাক অত্না হব্যকব্য পুননবগী তীর্থগুম্মী। অসিগুম্বা ব্রাহ্মণদা দান তৌবদি অতিথি দান তৌবগী মহাফল অত লেপ্পা ফংই ॥ ১৩০

শ্রাদ্ধদা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণ অমবু পীজবদা মহাক অত্না পেন-খিরবদি বেদ হৈতবা ব্রাহ্মণ লক্ষতরা পীজবগী মহে অতু ব্রাহ্মণ অমত্তং অত্না ফংহনবা ঙম্মী ॥ ১৩১ ॥

লাই অমদি ইপা ইপুগীদমক খ্বায়দগী হেন্না জ্ঞান লৈবা ( বেদ হৈবা ) ব্রাহ্মণতবু হব্য কব্য দান তৌগনি। ঙৈ তৈরবা খুৎপু ঈনা

যাবতো গ্রসতে গ্রাসান্ হব্যকব্যেষ্বমন্ত্রবিৎ।
তাবতো গ্রসতে প্রেতা দীপ্তশূলর্ষ্ট্যয়োগুড়ান্॥ ১৩৩
জ্ঞাননিষ্ঠা দ্বিজাঃ কেচিৎ তপোনিষ্ঠাস্তথাপরে।
তপঃ স্বাধ্যায়নিষ্ঠাশ্চ কর্ম্মনিষ্ঠাস্তথাপরে॥ ১৩৪
জ্ঞাননিষ্ঠেষু কব্যানি প্রতিষ্ঠাপ্যানি যত্নতঃ।
হব্যানি তু যথান্যায়ং সর্ব্বেষ্বেব চতুর্ষ্বপি॥ ১৩৫
অশ্রোত্রিয়ঃ পিতা যস্য পুত্রঃ স্যাদ্বেদপারগঃ।
অশ্রোত্রিয়ো বা পুত্রঃ স্যাৎ পিতা স্যাদ্বেদপারগঃ॥ ১৩৬
জ্যায়াংসমনয়োর্বিদ্যাদ্ যস্য স্যাচ্ছ্রোত্রিয়ঃ পিতা।
মন্ত্রসম্পূজনার্থন্তু সৎকারমিতরোঽর্হতি॥ ১৩৭

---

হামদোকপদা খক কোক্তে—ঈশিংনা চামথোক্লবতদা শেংনা কোকই। হায়বদি পাপ চেনবা মীশিংবু পীজ-পীথক তৌবনা পাপ তৌবা মীগী পাপ খক কোকহনবা ঙমদে॥ ১৩১॥

করিস্সু খঙ্দবা ব্রাহ্মণনা শ্রাদ্ধদা চাখিবা চাক চখোমশিং অতুগা মশীং মান্ননা শ্রাদ্ধ শোল্লিবা মী অতুনা হযেং শিবগা 'শূলর্ষ্টি' হায়না কৌবা মৈ ঈক্পা য়োং মতূম অতু চাকই॥ ১৩৩॥

দ্বিজশিংগী মবক্তা কনানা আত্মজ্ঞান (ব্রহ্ম খঙ্বা) ফংনবা হোৎনৈ, কনা অমনা অকনবা তপ তৌই, কনা অমনা তপস্যাগা লোয়ননা বেদ তম্বগী থবক অনিমক পূন্না তৌই অতুগা কনা অমনা যাগ যজ্ঞনচিংবা কর্ম্ম তৌবদ' পূক্নিঙ্ চঙ্ই॥ ১'৪॥

পিতৃলোক (ইপা ইপু=অপোকপা) কীদমক্তা কৎপা কব্য (চাকনচিংবা) অতু আত্মাজ্ঞ-নিষ্ঠ ওইবা (ব্রহ্ম খঙ্বা) ব্রাহ্মণতদা থরায় য়াওনা দান তৌগদবনি, অতুগা লাইগীদমক্তা কৎপা হবি (ঘিনচিংবা হোমগী পোৎ) দি মথক্তা হায়খ্রিবা ব্রাহ্মণ মখল' মরিমক অসিদা কৎপা য়াই॥ ১৩৫॥

মপানা বেদ হৈতবা মচানা হৈবা অতুগা মচাদি হৈতবা মপানা হৈবা অনি অসিগী মরক্তা মপাতনা বেদ হৈবা মহাক মশাদি হৈতবা

**ন শ্রাদ্ধে ভোজয়েন্মিত্রং ধনৈঃ কার্য্যোঽস্য সংগ্রহঃ।**
**নারিং ন মিত্রং যংবিদ্যাত্তং শ্রাদ্ধে ভোজয়েদ্দ্বিজম্॥ ১৩৮**
**যস্য মিত্রপ্রধানানি শ্রাদ্ধানি চ হবীংসিচ।**
**তস্য প্রেত্য ফলং নাস্তি শ্রাদ্ধেষু চ হবিঃষু চ। ১৩৯**
**যঃ সঙ্গাতানি কুরুতে মোহাচ্ছ্রাদ্ধেন মানবঃ।**
**স স্বর্গাচ্চ্যবতে লোকাচ্ছ্রাদ্ধমিত্রো দ্বিজাধমঃ॥ ১৪০**
**সম্ভোজনী সাভিহিতা পৈশাচী দক্ষিণা দ্বিজৈঃ।**
**ইহৈবাস্তে তু সা লোকে গৌরন্ধেবৈকবেশ্মনি॥ ১৪১**

মহাক অতুমক শ্রাদ্ধদদি লৌথৎকদবা পাত্রনি অতুগা মপানদি বেদ হৈত্রগা মহাক মশাদি বেদ খঙ্‌বা মহাক অদূসু শ্রাদ্ধনচিংবা থবক্তা পূজা কৎনফম ওই॥ ১৩৬—১৩৭॥

বেদ হৈব মপাগী মচানা মাগী মরূপশিংবু শ্রাদ্ধদা পীজ-পীথক তৌফদে, শেল থুম পীতুনা মরূপকী মফমদা চান্নবা উৎকদবতনি মরূপসু নত্তবা য়েক্লবসু নত্তবা অতুগুম্বা ব্রাহ্মণতবু শ্রাদ্ধদা পীজগ-দবনি॥ ১৩৮॥

মী অতুগী শ্রাদ্ধ নত্রগা লাইগী থবক্তা মরূপ-মপাংবু অথোইবা ওইহনবা হায়বদি মরূপ-মপাংতবু অথোইবা ওইনা পীজ-পীথক তৌবা অতুগুম্বা মপা মপুগী শ্রাদ্ধ নত্রগা লাইগী থবক-থনা অতুদি লাইরমলেন্দা করিসু কান্নরুবা ফংদে॥ ১৩৯॥

কনাগুম্বা দ্বিজনা খঙ্‌দবদগী শ্রাদ্ধগী থবক্না মরূপ শান্নবা হৌরবদি অতুগুম্বা, শ্রাদ্ধদা মরূপ থিবা দ্বিজ অতুনা স্বর্গমক্তগীসু নাম্বরকই অমসুং মতুংদসু অমুক হন্না স্বর্গ ফংনবা লম্বী ফংলক্তে॥ ১৪০॥

দ্বিজশিংনা মরূপ-মপাং ওইনা অয়াম্বা ব্রাহ্মণবু পীজ পীথক তৌরবদি অতুগুম্বা থবক অদূবু মহুনচিংবা ঋষিশিংনা পিশাচধর্ম্ম হায়না কৌই। মতুনা লাইরমলেনগী মহে অমত্তসু ফংবা ঙমদে। মমিং উদবী মণবীনা কা অমদগী হেন্দুনা অতোপ্পা কা অমদা

যথেরিণে বীজমুপ্তা ন বপ্তা লভতে ফলম্।
তথানৃচে হবির্দত্ত্বা ন দাতা লভতে ফলম্ ॥ ১৪২
দাতন্ প্রতিগ্রহীতংশ্চ কুরুতে ফলভাগিনঃ।
বিদুষে দক্ষিণাং দত্ত্বা বিধিবৎ প্রেত্য চেহ চ ॥ ১৪৩
কামং শ্রাদ্ধেঽর্চয়েন্মিত্রং নাভিরূপমপি ত্বরিম্।
দ্বিষতা হি হবির্ভুক্তং ভবতি প্রেত্য নিষ্ফলম্ ॥ ১৪৪
যত্নেন ভোজয়েচ্ছ্রাদ্ধে বহ্বৃচং বেদপারগম্।
শাখান্তগমথাধ্বর্যুং ছন্দোগস্তু সমাপ্তিকম্ ॥ ১৪৫

লান্থোকপা ঙমংবগুম অসিগুম্বা উংসব মতৌ অসিনা মীরমলেন অসিদদি মরূপ-মপাং (মীচঙ্) খোম্বদা কান্নবা ফংলবস্থু মপা মপুগী লাইরমলেনদা কান্নবা পীকুবদি খক ওইদে ॥ ১৪১ ॥

লৈহাউ-চেন্দবা লৈপাক্তা মরূ হুনবদা লোমীনা করিস্থু ফংদনা তোকপগুম বেদ হৈতবা ব্রাহ্মণদা হব্যনচিংবা দান তৌকুবদা দান তৌরিবা মী অতুগী করিস্থু কান্নবা ওইদে ॥ ১৪২ ॥

হোৌনবা মতুংইন্না বেদ হৈবা ব্রাহ্মণবু দক্ষিণা কৎলবদি অপী-বস্থু অরোবস্থু অনিমক মারমলেন লাইরমলেন অনিমক্তা মতিকচাবা মহৈ ফংহল্লি ॥ ১৪৩ ॥

শ্রাদ্ধদা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণ ফংদ্রবদি থোইদোক্লা মগুণ চেনবা মরূপপু পীজবা য়াই অতুগা বেদ য়ান্না হৈবমক ওইরবস্থু য়েক্লববুদি করিগুম্বদস্থু পীজ-পীথক তৌফদে—মরমদি য়েক্লবনা শ্রাদ্ধগী পোৎ চাখিবদা লাইরমলেন্দা কান্নবা করিস্থু ফংদে, অরেম্বা ওই হায়বদি পোৎ মাঙ্হনবতা ওই ॥ ১৪৪ ॥

ঋগ্বেদ, যজুর্বেদ অমদি যামবেদগী মন্ত্রব্রাহ্মণগী শরুক ওইবা বেদ শাখা পুন্নমক হৈরবা ব্রাহ্মণবু থরায় য়াওনা শ্রাদ্ধদা পীজগনি ॥ ১৪৫ ॥

এষামন্যতমো যস্য ভুঞ্জীত শ্রাদ্ধমর্চ্চিতঃ।
পিতৃণাং তস্য তৃপ্তিঃ স্যাচ্ছাশ্বতী সাপ্তপৌরুষী ॥ ১৪৬
এষ বৈ প্রথমঃ কল্পঃ প্রদানে হব্যকব্যয়োঃ।
অনুকল্পস্ত্বয়ং জ্ঞেয়ঃ সদা সদ্ভিরনুষ্ঠিতঃ ॥ ১৪৭
মাতামহং মাতুলঞ্চ স্বস্রীয়ং শ্বশুরং গুরুম্।
দৌহিত্রং বিট্পতিং বন্ধুমৃত্বিগ্যাজ্যৌ চ ভোজয়েৎ ॥ ১৪৮
ন ব্রাহ্মণং পরীক্ষেত দৈবে কর্ম্মণি ধর্ম্মবিৎ।
পিত্র্যে কর্ম্মণিতু প্রাপ্তে পরীক্ষেত প্রযত্নতঃ ॥ ১৪৯
যে স্তেনপতিতক্লীবা যে চ নাস্তিকবৃত্তয়ঃ।
তান্ হব্য-কব্যয়োর্বিপ্রাননর্হান্ মনুরব্রবীৎ ।১৫০

---

অসিগুম্বা বেদ মখল অহুম হৈরবা ব্রাহ্মণ অমত্তং হৌনবী পূজা কত্তূনা শ্রাদ্ধদা পীজরবদি শ্রাদ্ধ মপু অতুগী মপা মপু মীরোন তরেৎ ফাওবনা লেঙ্দনা মহাকপু মতম চূপ্পা পেনবিক্নুনতা লৈ ॥ ১৪৬ ॥

হব্য-কব্য দান তৌবদা মরী মতা থোক্লদবা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণ-তনা অহানবা ওইনা খনগনি, মতু ফংদ্রবদনা সাধুশিংনা লৌখৎনবা মখাদা হায়রক্লদৌরিবা মীশকশিং অসিবু লৌখৎকনি ॥ ১৪৭ ॥

অথোইবা বেদ হৈবা মী ফংখিদ্রবদা ইমা পোকপা ইপু, মামা, ইচল ইচেগী মচানিপা, ইকুবোক, আচর্য্যনচিংবা গুরু, ইচানিঙোলগী মচানিপা ( ইশু ), ইন্মাক, ইমাগা পোকমিন্নবী ইন্দোলগী মচা অমসুং ইপাগা পোকমিন্নবী ইনেগী মচা, পুরোহিত অমসুং যজ্ঞকর্ত্তা মীশক তরা অসিগী মরক্তা অয়াবা অমবু পীজগনি ॥ ১৪৮ ॥

ধর্ম্ম খঙ্বা মীনা লাইগী থবক্তদি পীজগদৌরিবা ব্রাহ্মণ অদুবু অতুক হাক্লা মাগী মরম থিজিল্লুদ্রবসু, মীনবু ফৈ হায়নরবদি হেক্তমক পীজগনি। অতুগা ইপা ইপুগী থবক্তদি পীজগদৌরিবা ব্রাহ্মণ অতুগী মপা মপুনচিংবা শাগৈগী মরম কুপ্পা থিজিনগনি ॥ ১৪৯ ॥

মনুনা হায়- হুরান চীম্বীবা, জাৎ তারবা, নপুংসক ওইবা

জটিলঞ্চানধীয়ানং দুর্ব্বলং কিতবং তথা।
যাজয়ন্তি চ যে পূগাংস্তাংশ্চ শ্রাদ্ধে ন ভোজয়েৎ ॥ ১৫১
চিকিৎসকান্ দেবলকান্ মাংসবিক্রয়িণস্তথা।
বিপণেন চ জীবন্তো বর্জ্জ্যাঃ স্যুর্হব্যকব্যয়োঃ ॥ ১৫২
প্রেষ্যো গ্রামস্য রাজ্ঞশ্চ কুনখী শ্যাবদন্তকঃ।
প্রতিরোদ্ধা গুরোশ্চৈব ত্যক্তাগ্নির্বার্দ্ধুষিস্তথা ॥ ১৫৩
যক্ষ্মী চ পশুপালশ্চ পরিবেত্তা নিরাকৃতিঃ।
ব্রহ্মদ্বিট্ পরিবিত্তিশ্চ গণাভ্যন্তর এব চ ॥ ১৫৪

---

( নিপা নুপী খঙ্‌দবা , লাইরমলেনগী র্ম থাজদবা,—মখোয় অসি-বুদি লাইগী মীগী থবক পুন্নমক্তা লৌখৎনফদে ॥ ১৫০ ॥

নগুণদি থাংলপা বেদদি তমদবা মশম জটা পুবা নত্রগা মরু কোকপা অসিগুম্বা ব্রহ্মচারী, অচুগা ঊনশাগী লাইনা পকপা, জ্বার শান্নবা অমদি যজমান য়ান্না চাবা ব্রাহ্মণবু শ্রাদ্ধদা খক পীজফদে ॥ ১৫১ ॥

মাইবা শাবা ব্রাহ্মণ, পূজাবী ওইবা ব্রাহ্মণ, শা-ঙা-য়োনবা ব্রাহ্মণ অমসুং লল্লোন ইতিক তৌদুনা চাবা ব্রাহ্মণ—মখোয় অসিদি হব্য-কব্যগী মতমদা থাদোক্কনি ॥ ১৭২ ॥

খুঙ্গঙ্‌গী নত্রগা নিংথৌগী তলব চাবা মনাই, খূজীন লায়পুন্ন-নচিংবা পকপা ব্রাহ্মণ, ময়া মুশীন মুবা ( য়াকারক্তা য়া মচা হৌবা ) গুরুনা য়াদবা থবক তৌবা ( গুরু-শিষ্য ব্যবহার কাযবা ) মী, শ্রুতি স্মৃতিনা হায়বা মতুংইন্না মৈ পূজানচিংবা তৌদবা অমদি শেন্দোই চাবা—অসিগুম্বা ব্রাহ্মণদি হব্য-কব্যদা থাদোক্কদবনি ॥ ১৫৩ ॥

যক্ষ্মানা নাবা, য়াউ-হামেঙ্‌নচিংবা লোইদুনা মথরায় ছিংনবা, ময়াম্বগী মাঙ্‌ থানা হান্না নুপীথিবা, পঞ্চ মহাযজ্ঞ তৌদবা, মনাউ-নিপা অতোম্বনা হান্না নুপী থিখিদুনা ময়ুম পান্দ্রবা মী, ব্রাহ্মণ তাথীবা অমসুং প্রজা মীয়ামগীদমক্তা কৎথোকখ্রবা মঠ অমদি

**কুশীলবোঽবকীর্ণী চ বৃষলীপতিরেব চ।**
**পৌনর্ভবশ্চ কাণশ্চ যস্য চোপপতির্গৃহে॥ ১৫৫**
**ভৃতকাধ্যাপকো যশ্চ ভৃতকাধ্যাপিতস্তথা।**
**শূদ্রশিষ্যো গুরুশ্চৈব বাগদুষ্টঃ কুণ্ডগোলকৌ॥ ১৫৬**
**অকারণপরিত্যক্তা মাতা পিত্রোর্গুরোস্তথা।**
**ব্রাহ্মৈর্যৌনৈশ্চ সম্বন্ধৈঃ সংযোগং পতিতৈর্গতঃ॥ ১৫৭**
**আগারদাহী গরদঃ কুণ্ডাশী সোমবিক্রয়ী।**
**সমুদ্রযায়ী বন্দী চ তৈলিকঃ কূটকারকঃ॥ ১৫৮**

---

ময়ামগী শেল লৌবা মী—অসিগুম্বা ব্রাহ্মণদি হব্য-কব্যদা থাদোক্ক-দবনি॥ ১৫৪॥

নটবৃত্তিনা ( জগোই শাত্নুনা ) মপূক থন্নবা ব্রাহ্মণ, নূপী সঙ্গ তৌবদগী ব্রহ্মচর্য্য ব্রত কায়খ্রবা ব্রহ্মচারী নত্রগা যতি (লম্বোইবা), মশাগী বর্ণ মান্নবী নূপী নত্তনা শূদ্র নিঙোল লৌবা মী, তুমনমচা, মমিৎ নামা য়াওদবা অমসুং মাগী নূপীনা অরোনবা নিপা থম্বা—অসিগুম্বা ব্রাহ্মণদি হব্য-কব্যদা থাদোক্কদবনি॥ ১৫৫॥

তলব লৌত্নুনা বেদ তম্বীবা, তলব পীত্নুনা বেদ তম্বা, শূদ্রগী ব্যাকরণনচিংবা তম্বা, শূদ্রদা বেদ তাকপিবা, য়াঙাঙ্-শাঙাঙ্ ফজদবা ( মিত্নুংশি খঙ্দবা ), কুণ্ড হায়বদি মপুরোয়বা লৈনা লৈনা খাইনত্নুনা অতোপ্পা নিপাদা পোকপা মচা, লুখ্রা ওইরবদা অমদা গুঙ্ত্নুনা পোকপা মচা—অসিগুম্বা ব্রাহ্মণশিংবু হব্য-কব্যদা থক কৌরোইদবনি॥ ১৫৬॥

মমা মপাবু অমদি লাই-গুরুশিংবু মরম চাদনা থাদোক্লমত্নুনা মখোয়গী সেবা তৌদ্রবা মচা, জাৎ তাবরা মীগা লোয়ননা মহৈ মশিন তম্মিন্নবা নত্রগা চারৌ-মৌরৌনত্নুনা ঙাই-শেনওইনবা অত্নুগুম্বা মখোয় অত্নুসু হবা-কব্য থক পীজরোইদবনি॥ ১৫৭॥

মীগী ময়ুম মৈ থাবা, মীবু হাৎননবা হূ পীজবা, মরুপ্বী মচা নত্রগা স্মুগ্রাবী মচাগী চাকথুমগী চাক চাবা, সোমলতা ( য়ুগুম্বা ময়াই

পিত্রা বিবদমানশ্চ কিতবো মদ্যপস্তথা।
পাপরোগ্যভিশপ্তশ্চ দাম্ভিকো রসবিক্রয়ী ॥ ১৫৯
ধনুঃশরাণাং কর্ত্তা চ যশ্চাগ্রেদিধিষূপতিঃ।
মিত্রধ্রুগ্‌ দ্যূতবৃত্তিশ্চ পুত্রাচার্য্যস্তথৈব চ ॥ ১৬০
ভ্রামরী গণ্ডমালী চ শ্বিত্র্যথো পিশুনস্তথা।
উন্মত্তোঽন্ধশ্চ বর্জ্জ্যাঃ স্যুর্বেদনিন্দক এব চ ॥ ১৬১
হস্তিগোঽশ্বোষ্ট্রদমকো নক্ষত্রৈর্যশ্চ জীবতি।
পক্ষিণাং পোষকো যশ্চ যুদ্ধাচার্য্যাস্তথৈব চ ॥ ১৬২

---

কাবা মহী শেন্নবা বেদগী মতমদা চংনরম্বা উরী জাং অমা ) য়োন্দুনা চাবা, সমুদ্রগী খোঙ্‌চং তম্লুরবা, মীবু চীরোন-খারোন তৌতুনা হিংনবা হোংনবা, থাউ শুন্নবা থোইদিংনচিংবা তক্‌পা মী, মিথ্যা সাক্ষি ( ওইদবা হায়বা ) পীবা মী—অসিগুম্বা ব্রাহ্মণবু হব্য-কব্যদা বার্ত্তোন তৌরোইদবনি ॥ ১৫৮ ॥

শাস্ত্রার্থ তৌনবদা অমদি মীরোন ঙাঙ্‌নবদা মপাগা খৎনরবা, মশানা জ্বার শান্নবা হৈত্রবমকম্ম শেল পীতুনা মীবু জ্বার শান্নহনবা ( মহাজন ওইবা ), য়ু থকপা, পাপকী লায়না পকপা, শাপ তৌরবা মী, তাং তৌতুনা ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌশিন্নবা অমসুং চুহীনচিংবা (চীঙ্গাক) য়োন্দুনা চাবা অসিগুম্বা ব্রাহ্মণদি হব্য-কব্য ফংবদা থক মতিক চাবা ওইদে ॥ ১৫৯ ॥

লীরুংতেন শাবা ব্রাহ্মণ, মচে লুহোঙ্‌দনা মনাউ অতোম্বী হান্না লোবা নিপা, মরূপকী মাঙ্‌নবা তৌবা মী, চৌবরনচিংবা জ্বার শান্নতুনা চাবা মী অমদি মচাদগী বেদ শাস্ত্র তম্বা অসিগুম্বা ব্রাহ্মণবু হব্য-কব্যদা বার্ত্তোন তৌফদে ॥ ১৬০ ॥

শারৈহৌবা, ঙক্কোয়বী ( ঘি ঙাঙ্গোয় থুংবা ) অমদি অঙৌবা পকপা মী, মপূক ফত্তবা, অঙাওবা, মমিৎ তাঙ্‌বা, অমদি বেদবু নিন্দা তৌবা—মখোয় অসিদি হব্য-কব্যদা থাদোকদবনি ॥ ১৬১ ॥

শগোল, শামু, উট অমদি মণ অসিন্নচিংববু লাকপা (তম্বীবা)

**স্রোতসাং ভেদকো যশ্চ তেষাঞ্চাবরণে রতঃ।**
**গৃহসংবেশকো দূতো বৃক্ষারোপক এব চ॥ ১৬৩**
**শ্বক্রীড়ী শ্যেনজীবী চ কন্যাদূষক এব চ।**
**হিংস্রো বৃষলবৃত্তিশ্চ গণানাঞ্চৈব যাজকঃ॥ ১৬৪**
**আচারহীনঃ ক্লীবশ্চ নিত্যং যাচনকস্তথা।**
**কৃষিজীবী শ্লীপদী চ সদ্ভির্নিন্দিত এব চ। ১৬৫**

---

ব্রাহ্মণ, নক্ষত্র ( থৱাম্মীচাক ) নচিংবা মশীং শীতুনা হিংনবা ব্রাহ্মণ (পাঞ্জী), মীডোন্দা উত্তনা শেল লৌনবগীদমক্তা উচেকচিংবা লোইবা ব্রাহ্মণ. শা-লানদা শীশিন্ননবা খূৎশু খূৎলাই শীজিন্নবা তম্বীবা ব্রাহ্মণ —মখোয় অসিবুস্ন হব্য-কব্যদা থাদোক্কদবনি ॥ ১৬২ ॥

পল নমখাযতনা ঈথৈনচিংবগী ঈশিং অমদা পুথোকপা মী ( মাঙহনবা ), নল্লগা অতুগুম্বা ঈথৈগী ঈচেল থিংগত্তুনা থম্বা মী, যম্‌কৈ শাতুনা চাবা মী অাব শান্নবা মী, শেল লৌতুনা 'তলব চাতুনা) উ থাবা মী—মখোয় অসিবু হব্য-কব্যদা বার্ত্তোন তৌরোইদবনি ॥ ১৬৩ ॥

শেল লৌনা মীডোন্দা উৎনবা হুই লোইবা ব্রাহ্মণ, খুন্নখ্রঙ্-নচিংবা উচেক লৈবা য়োনবা তৌতুনা চাবা মী, মচানুপীদা নত্তবা মিৎয়েংনা য়েংবা মী, হিংসা তৌতুনা ( জীব হাত্তুনা ) হিংনবা হোৎনবা মী, শূদ্রগী সেবা তৌতুনা হিংবা মী, অয়াম্বা জাতীগী মীবু যজমান ওইনবা মী—অসিগুম্বা ব্রাহ্মণশিংবু হব্য-কব্যদা বার্ত্তোন তৌরোইদবনি ॥ .৬৪ ॥

আচার লৈতবা, ধর্ম্মগী থবক তৌনিঙ্দবা, নিবা হুম্বা অমদি হায়জ-চৎচ তৌবতনা অতোপ্পবু শাউগৎহনবা, মশানা লৌ উতুনা চাজবা মী, লায়থুং থুংবনা মরম ওইতুনা মখোঙ্ চাউথোক্লবা মী অমদি সাধু সমাজনা তাথীনরবা মী—অসিগুম্বা ব্রাহ্মণশিংবু হব্য-কব্যদা বার্ত্তোন তৌরোইদবনি ॥ ১৬৫ ॥

ঔরভ্রিকো মাহিষিকঃ পরপূর্ব্বাপতিস্তথা।
প্রেতনির্হারকশ্চৈব বর্জ্জনীয়াঃ প্রযত্নতঃ॥ ১৬৬
এতান্ বিগর্হিতাচারানপাঙ্‌ক্তেয়ান্ দ্বিজাধমান্।
দ্বিজাতিপ্রবরো বিদ্বানুভয়ত্র বিবর্জ্জয়েৎ॥ ১৬৭
ব্রাহ্মণস্ত্বনধীয়ানস্তৃণাগ্নিরিব শাম্যতি।
তস্মৈ হব্যং ন দাতব্যং নহি ভস্মনি হূয়তে॥ ১৬৮
অপাঙ্‌ক্ত্যদানে যো দাতুর্ভবত্যূর্দ্ধং ফলোদয়ঃ।
দৈবে হবিষি পিত্র্যে বা তং প্রবক্ষ্যাম্যশেষতঃ॥ ১৬৯

---

য়াউ অমদি ইরোই লোইত্নবা হিংনবা ব্রাহ্মণ, তুমন লৌবা মী, শেল লৌত্নবা মী অশিবনচিংবা হোনবা নত্রগা পুবা মী—মখোয অসিবু হব্য-কব্যদা চেকশিন্না হোৎনত্না য়াওহল্লোইদবনি ॥ ১৬৬ ॥

অসিগুম্বা তৃবানচীম্বী তৌবা নত্রগা মীহাৎ-মীপুন তৌব', লমচৎ নাইত্রবা—সাধু ওইবা মীশিংগা পবেং অমত্তদা ফমত্না চামিন্নবদা মতিক চাদ্রবা অতোনবা ব্রাহ্মণশিং অসিবু শাস্ত্র-হৈবা, মীথোই-মীহেল্লবা ব্রাহ্মণশিংনা লাইগী অমসুং মপা মপুনচিংবগী থবক্তা থাদোক্লগদবনি ॥ ১৬৭ ॥

চক্ক-মৈগা বেদ তমদবা ব্রাহ্মণগা অনিমক অম্বানি। চক্কনা (নাপী) শীং ওইনবা মৈফমদা ঘিনচিংবা হোম তৌবদা হেক্তমমক মূৎখিবগুম, বেদ তমদবা ব্রাহ্মণসু মশাগী তেজ য়াওদে—অদুগুম্বা ব্রাহ্মণবু হব্যনচিংবা পীফনোই মরমদি, কনাসু উৎতা ঘি হৈনদে ॥ ১৬৮ ॥

লাইগী অমসুং মপা মপুগী থবক্তা পরেং চামিন্নবা য়াদবা ব্রাহ্মণদা হব্য-কব্য দান তৌববা মী অদুনা লাইরমলেনদা ফংলুসদবা মহৈশিং অদু ঐনা শন্দোক্না হায়রক্কে তাবিয়ু ॥ ১৬৯ ॥

অত্রৈতৈর্যদ্দ্বিজৈর্ভুক্তং পরিবেত্রাদিভিস্তথা।
অপাঙ্‌ক্তেয়ৈর্যদন্যৈশ্চ তদ্বৈ রক্ষাংসি ভুঞ্জতে ॥ ১৭০
দারাগ্নিহোত্রসংযোগং কুরুতে যোঽগ্রজে স্থিতে।
পরিবেত্তা স বিজ্ঞেয়ঃ পরিবিত্তিস্তু পূর্ব্বজঃ ॥ ১৭১
পরিবিত্তিঃ পরিবেত্তা যয়া চ পরিবিদ্যতে।
সর্ব্বে তে নরকং যান্তি দাতৃ-যাজকপঞ্চমাঃ ॥ ১৭২
ভ্রাতুর্মৃতস্য ভার্য্যায়াং যোঽনুরজ্যেত কামতঃ।
ধর্ম্মেণাপি নিযুক্তায়াং স জ্ঞেয়ো দিধিষূপতিঃ ॥ ১৭৩
পরদারেষু জায়েতে দ্বৌ সুতৌ কুণ্ডগোলকৌ।
পত্যৌ জীবতি কুণ্ডঃ স্যান্মৃতে ভর্ত্তরি গোলকঃ ॥ ১৭৪

---

শাস্ত্রগী লোনচৎ চত্রবা ব্রাহ্মণ অমসুং মযাম্বদগী হান্না নূপী থিববা অমদি অতোপ অতোপ্পা পঙ্‌ক্তি চাগিন্নবা য়াদবা হূবান-চীম্বীনচিংবা ফত্তবা লমচৎ চৎপা ব্রাহ্মণশিং অতুনা হব্য-কব্যনচিংবা চাবহুদি মতু হিংচাবশিংনা চারবনি ( মপা মপুনা ফংদে ) ॥ ১৭০ ॥

মযাম্বনা মৈহৌদ্রিঙৈ নত্রগা লুহোঙ্‌দ্রিঙৈদা হান্না নূপী থিখ্রবা নত্রগা মৈ হৌগৎখ্রবা অতুগুম্বা মনাউ অদূবু 'পবিবেত্তা' অতুগা অতুগুম্বা ময়াম্বা অতুবুনা 'পরিবিত্তি' হাযনা কৌই ॥ ১৭১ ॥

মথক্তা হায়খ্রিবা পবিবিত্তি, পবিবেত্তা ওইবা নিপা, পরি-বেদনীযা কন্যা ( মচেনা মযুম পান্দ্রিঙেদা হান্না মযুম পানবী নূপী ) অমসুং মাবু থাজরিবা মী অমদি অসিগুম্বা লুহোঙ বদা হোমকর্ত্তা ওইবা মী—মখোয় মঙা অসিদি লেপ্পমক নবক তাবা ওই ॥ ১৭২ ॥

মচানিপা থুন্নবগীদমক ধর্ম্ম কাযদনা লৌবম্বী মযাম্বগী মতৈমদা ধর্ম্ম যেংদনা অমকপা পূকচেন্না মিৎয়েং শেরান্নবা মী অদূবু 'দিধি-ষূপতি' হায়না বৌই ॥ ১৭৩ ॥

অতোপ্পী নূপীদা লান্নহুনা পোকপা মচাশিংগী মরক্তা মথল অনি ওরি—মতুদি 'কুণ্ড' অমসুং 'গোলক'। মপুরোয়বা হিংনা হিংনা থাইনরগা মাগী নূপীদা অতোপ্পা নিপানা হুন্নান্দুনা পোক্লবা

তৌ তু জাতৌ পরক্ষেত্রে প্রাণিনৌ প্রেত্য চেহ চ।
দত্তানি হব্য-কব্যানি নাশয়েতে প্রদায়িনাম্ ।। ১৭৫
অপাঙ্‌ক্ত্যো যাবতঃ পাঙ্‌ক্ত্যান্ ভুঞ্জানাননুপশ্যতি।
তাবতাং ন ফলং তত্র দাতা প্রাপ্নোতি বালিশঃ ।। ১৭৬
বীক্ষ্যান্ধো নবতেঃ কাণঃ ষষ্টেঃ শ্বিত্রী শতস্য তু।
পাপরোগী সহস্রস্য দাতুর্নাশয়তে ফলম্ ।। ১৭৭
যাবতঃ সংস্পৃশেদঙ্গৈ র্ব্রাহ্মণান্ শূদ্রযাজকঃ।
তাবতাং ন ভবেদ্দাতুঃ ফলং দানস্য পৌর্ত্তিকম্ ।। ১৭৮

---

মচাবু "কুণ্ড" অহুগা মপুবোয়বা শিখ্রবী লুখ্রাবীদা অতোপ্পনা পোকপা মচা অদুবুনা "গোলক" হাযনা কৌই ।। ১ ৪ ।।

অসিগুম্বা অতোপ্পগী লৌফমদা মক হুন্দুনা পোকপা 'কুণ্ড' অমসুং 'গোলক' হায়বা থবায পানব। মখল অনি অসিদা হব্য-কব্য পীবা মী অহুদি মীবমলেন লাইবমলেন অনিমক্তা কবিগুম্বদসু মহৈ অমত্তা ফংবা ঙমদে ।। ১৭৫ ।।

পবেং অমত্তদা চামিন-থকমিন্নবা যাদবা মীশিংনা পরেং চামিন্ন-বদা উবা, চাবিবা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণ মযাম অহুগী মশীং অহুপ যাম্না যূম্বু অহুনা ফল ফংদে ।। ১৭৬ ।

পবেং চামিন্নবদা উবা মফমদা মমিৎ তাঙ্‌বা মীনা ফমহুনা চারবদি যূম্বু অহুনা ব্রাহ্মণ ৯০ পীজবগী মহৈ মাঙ্‌ই ; মতৌ অসুম্না মমিৎ নামা তাঙ্‌বা মীনা ব্রাহ্মণ ৬০ পীজবগী মহৈ, অঙৌবা পকপা মী পীজবনা ব্রাহ্মণ ১০০ পীজবগী ফল অমসুং পাপকী লায়না চেনবা মীনা ব্রাহ্মণ ১,০০০ পীজবগী মহৈ অহু মাঙ্‌ই ।। ১৭৭ ।।

শূদ্রবু যজমান ওইনা চাবা ব্রাহ্মণনা চাবা য়াওরবদি মথোয়না ফমহুনা চারিবা পরেংশিং অহুদা য়াওরিবা শ্রাদ্ধগী ব্রাহ্মণশিং অদুবু পীজবগী মহৈ য়ূম্বু অহুনা ফংবা ঙমদে ।। ১৭৮ ।।

বেদবিচ্চাপি বিপ্রোঽস্য লোভাৎ কৃত্বা প্রতিগ্রহম্।
বিনাশং ব্রজতি ক্ষিপ্রমামপাত্রমিবাম্ভসি ॥ ১৭৯
সোমবিক্রয়িণে বিষ্ঠা ভিষজে পূয়শোণিতম্।
নষ্টং দেবলকে দত্তমপ্রতিষ্ঠন্তু বার্দ্ধুষৌ ॥ ১৮০
যত্তু বাণিজকে দত্তং নেহ নামুত্র তদ্ভবেৎ।
ভস্মনীব হুতং হব্যং তথা পৌনর্ভবে দ্বিজে ॥ ১৮১
ইতরেষু ত্বপাঙ্‌ক্ত্যেষু যথোদ্দিষ্টেষ্বসাধুষু।
মেদোঽসৃঙ্মাংসমজ্জাস্থি বদন্ত্যন্নং মনীষিণঃ ॥ ১৮২

---

বেদ হৈবা ব্রাহ্মণ ওইহ্নবসু অপাম্বনা মাঙ্‌ওইনহ্নবা শূদ্রবু যজমান ওইনবা অহ্নগুম্বা ব্রাহ্মণগী দান লৌরুরবদি মৈ·ঈক্তবা লৈবাক্কী পাত্রনা ঈশিং শোকপদা নিঙ্‌খায়বগুম মহাকসু থুনা মাঙ্‌ই ॥ ১৭৯ ।

সোমলতা (য়ু শুংনবা উরী মখল অমা) য়োন্দুনা চাবা ব্রাহ্মণদা তৌবা দান অহ্নদি মীগী মশাদগী থোকপা অমাংবগুম্মী ( থীগুম্মী ) হায়বদি লাইনসু ইপা ইপুনসু মহ্ন শোক্তে ; মাইবা শাবা ব্রাহ্মণবু তৌবা দান অহ্নবা হক্কী ঈশিং নত্রগা ঈ-গুম্না চন্নদে ; পূজারী ওইবা ব্রাহ্মণবু তৌবা দানদি অরেম্বা তাই করিসু কান্নদে, সেন্দোই চাবা মীবু দান তৌবসু করিসু অমত্তা ওইদে ॥ ১৮০ ॥

লল্লোন-ইতিক তৌবা অমদি তূমন্না পোকপা ব্রাহ্মণবু হব্য-কব্য দান তৌরবদি মীরমলেন লাইরমলেন অনিমক্তা করিসু কান্নবা ফংদে। উৎতা ঘি হৈবগুম মহৈ লৈতে ॥ ১৮১ ॥

মথক মথক্তা হায়খ্রবা পূকচেল ফত্রবা ( অসাধু ) অমদি পরেং ফমহ্নবা চামিন্নবা য়াদবা ব্রাহ্মণশিং অসিদা হব্য-কব্য দান তৌবদি মহ্ন শদুম-শনাই, শরূ-ঙারূ অমদি ঈ-নাইগী মশক ওই হায়না পণ্ডিতশিংনা হায় ॥ ১৮২ ॥

**অপাঙ্‌ক্ত্যোপহতা পঙ্‌ক্তিঃ পাব্যতে যৈর্দ্বিজোত্তমৈঃ।**
**তান্নিবোধত কাৎস্নে্যন দ্বিজাগ্র্যান্ পঙ্‌ক্তিপাবনান্॥ ১৮৩**
**অগ্র্যাঃ সর্ব্বেষু বেদেষু সর্ব্বপ্রবচনেষু চ।**
**শ্রোত্রিয়ান্বয়জাশ্চৈব বিজ্ঞেয়া' পঙ্‌ক্তিপাবনাঃ॥ ১৮৪**
**ত্রিণাচিকেতঃ পঞ্চাগ্নিস্ত্রিসুপর্ণঃ ষড়ঙ্গবিৎ।**
**ব্রাহ্মদেয়াত্মসন্তানো জ্যেষ্ঠসামগ এব চ॥ ১৮৫**
**বেদার্থবিৎ প্রবক্তা চ ব্রহ্মচারী সহস্রদঃ।**
**শতায়ুশ্চৈব বিজ্ঞেয়া ব্রাহ্মণাঃ পঙ্‌ক্তি পাবনাঃ॥ ১৮৬**

অসুম্না হূবান চীন্থীনচিংবা তৌবা চামিন্নবা যাদবা ব্রাহ্মণশিংনা মাংথোক্লবা ( মক্‌হল্লবা ) পবেংশিং অদূবু শেংহনবা ওস্বা অতুগুম্বা ব্রাহ্মণশিং অতুগী রাবম পূন্নমক হাযজবক্কে—নখোয 'পুম্বা তাবীযু ॥ ১৮৩ ॥

বেদ মবিমকপু অমদি বেদগী অঙ্গ তব্বকমকপু মুন্না খঙ্‌লবা অমদি মথক্তা মীবোন ১০ যাওঃ নখোযগী বংশদা মবী তত্তনা বেদ তম্নরকপা অতুগুম্বা ব্রাহ্মণ অদূবু 'পঙ্‌ক্তি পাবন' ( পবেং শেংবা ওস্বা ) ব্রাহ্মণ হাযনা কৌই । ১৮৪ ॥

যজুর্ব্বেদগী বেদভাগ তম্লবা অতুগা বেদ অতুনা হাযবা ব্রত-খিবীকস্থু তৌববা ব্রাহ্মণবু ত্রিণাচিকেত' হাযনা কৌই। ( ত্রিণা-চিকেত = যজুর্ব্বেদগী শব্দক অমা )। অসুম তৌনা 'বহ্বৃচ (ঋগ্বেদ) বেদগী ভাগ তম্লবা অমসুং মতুনা হাযবা ব্রতনচিংবা তৌবা ব্রাহ্মণবু 'ত্রিসুর্পণ' ঋক্‌ অমসুং যজুর্ব্বেদগী শব্দক অমা), শিক্ষাকল্প 'বেদগী মন্ত্র উচ্চারণ তৌবা থোক্লবা তাকপা বেদগী অঙ্গ মখল অমা) নচিংবা অঙ্গ তব্বকপু শন্দোক্লা তাকপা ওস্বা, ব্রাহ্মবিবাহ তৌবী নুপীনা পোকপা মচা অমসুং আবণ্য ( ন্যাযশাস্ত্র ) না তাকপা জ্যেষ্ঠ সাম ( সামবেদগী ঈশৈ ) শকপা—ব্রাহ্মণ মখল তব্বক অসি 'পঙ্‌ক্তি পাবন' ওাক্কেন্নি ॥ ১৮৫ ॥

অতুগা বেদগী অর্থ খঙ্‌বা, বেদগী অর্থ তাকপা, ব্রহ্মচারী

পূর্ব্বেদ্যুরপরেদ্যুর্বা শ্রাদ্ধকর্ম্মণ্যুপস্থিতে।
নিমন্ত্রয়েত ত্র্যবরান্ সম্যগ্বিপ্রান্ যথোদিতান্ ॥ ১৮৭
নিমন্ত্রিতো দ্বিজঃ পিত্র্যে নিয়তাত্মা ভবেৎ সদা।
ন চ চ্ছন্দাংস্যধীয়ীত যস্য শ্রাদ্ধঞ্চ তদ্ভবেৎ ॥ ১৮৮
নিমন্ত্রিতান্ হি পিতর উপতিষ্ঠন্তি তান্ দ্বিজান্।
বায়ুবচ্চানুগচ্ছন্তি তথাসীনানুপাসতে ॥ ১৮৯
কেতিতস্তু যথান্যায়ং হব্য কব্যে দ্বিজোত্তমঃ।
কথঞ্চিদপ্যতিক্রামন্ পাপঃ শূকরতাং ব্রজেৎ। ১৯০

ওইবা, যণ লৌশীঙ্ অমা বৎপা, চহি ১০০ শুরবা—অসিগুম্বা ব্রাহ্মণশিংস্থু 'পঙ্ক্তি পাবন' ঙাক্তনি। ১৮৬ ॥

শ্রাদ্ধকর্ম্ম অমা তৌবা তাবদি নোংমা হাংলিঙৈদা নত্রগা শ্রাদ্ধ হুমিৎমক্তদা হায়বিব লক্ষণশিং অসিনা তিনবা ব্রাহ্মণ য়েংহনা য়ামত্রবদা মী অহুমদংদি হৌনবা কায়দনা ইকাইখুম্না বার্ত্তোন তৌগদবনি। ১৮৭ ॥

শ্রাদ্ধগী বার্ত্তোন ফংলবা ব্রাহ্মণনা বার্ত্তোন হেক ফংবদগী হৌনা শ্রাদ্ধ হুমিৎকী অহোরাত্র ( অয়ুক নুমিদাং ) অমা চূপ্না নূপী মশক যেংদনা পূক্নিং লাবশিন্না লৈগনি অতুগা তঙাইফদবা সন্ধ্যা উপাসনা অমদি জপনচিংবা নত্তনা বেদ তম্বদি তৌববোই। য়ৃম্বু অতুস্থু নিযমশিং অসি ঙাক্কদবনি ॥ ১৮৮ ॥

মবমদি ইপা ইপুশিংনা মশক উহন্দনা বার্ত্তোন ফংলবা ব্রাহ্মণশিং অদৃতবু খন্দূনা লৈ, ব্রাহ্মণশিং অতুনা চৎপা মযম থূদিঙ্-মক্তা মখোযস্থু থবাযপুবা ও শিংকুম ( প্রাণবায়ু ) মতুং-ইন্নৈ, ব্রাহ্মণশিং অতুনা ফম্লগা মখোযস্থু মখোনগী মমাঙ্দা ফম্মী ॥ ১৮৯ ॥

হব্য-কব্য লৌবিনবগীদমক বার্ত্তোন তৌববা ব্রাহ্মণনা করি-গুম্বা অমদগী শোযহনা শ্রাদ্ধ অতুদা চাদ্রবদি নত্রগা ব্রহ্মচর্য্যানচিংবা নিয়ম ঙাক্তুবদি ব্রাহ্মণ অতু মতুগী পাপনা শিরগা ওক ওইনা অমুক পোক্লকই ॥ ১৯০ ॥

আমন্ত্রিতস্তু যঃ শ্রাদ্ধে বৃষল্যা সহ মোদতে।
দাতুর্যদ্দুষ্কৃতং কিঞ্চিৎ তৎসর্ব্বং প্রতিপদ্যতে ॥ ১৯১
অক্রোধনাঃ শৌচপরাঃ সততং ব্রহ্মচারিণঃ।
ন্যস্তশস্ত্রা মহাভাগাঃ পিতরঃ পূর্ব্বদেবতাঃ ॥ ১৯২
যস্মাদুৎপত্তিরেতেষাং সর্ব্বেষামপ্যশেষতঃ।
যে চ যৈরুপচর্য্যাঃ স্যুর্নিয়মৈস্তান্ নিবোধত ॥ ১৯৩
মনোর্হৈরণ্যগর্ভস্য যে মরীচ্যাদয়ঃ সুতাঃ।
তেষামৃষীণাং সর্ব্বেষাং পুত্রাঃ পিতৃগণাঃ স্মৃতাঃ ॥ ১৯৪
বিরাট্সুতাঃ সোমসদঃ সাধ্যানাং পিতরঃ স্মৃতাঃ।
অগ্নিষ্বাত্তাশ্চ দেবানাং মারীচা লোকবিশ্রুতাঃ ॥ ১৯৫

---

বার্ত্তোন ফংলবা ব্রাহ্মণনা শূদ্র নূপীগা লৈপুন্নচিংবা ওইনরবদি যুম্বুনা তৌবা পাপ পূন্নমক অত্নু ফংই ॥ ১৯১ ॥

ইপা ইপুশিংদি ( পিতৃশিংদি ) শাউবা লৈতে, মতম পূন্নমক্তা শেংহ্ননতা লৈ, ব্রহ্মচারী ওই, শা-লানগী থবক তৌদে, নুংশিহৈবনচিংবা গুণ ৮ না তিল্লি, পূকচেল চাউই, হৌরকফম খঙ্দবা লাই ( ব্রহ্ম ) গী মশক্তি—মরম অহুনা শ্রাদ্ধ শোল্লিবা মীসু শ্রাদ্ধদা চাগদবা মীসু পিতৃশিংনা তৌবগুম গুণ পূন্নমক অসি চেনবা মীওই ওাক্তা ওইগদবনি ॥ ১৯২ ॥

অসিগুম্বা পিতৃলোক শিং ( ইপা ইপু ) অসিগী হৌরকফম, ইপা ইপুশিং অসিগী মশক অমদি ব্রাহ্মণশিংনা মখোয়বু তৌফম থোকপা ইরাৎ পূজানচিংবগী নিয়ম—পূন্নমক অহু হায়গে তাও ॥ ১৯৩ ॥

হিরণ্যগর্ভনা মনু পোকই। মনুগী মচাশিং—মরীচি, অত্রি, অঙ্গিরানচিংবা ঋষিশিং অসিগী মচানিপা 'সোমপা'—অসিনচিংববু শাস্ত্রদা পিতৃগণ ( ইপা ইপু অপোকপা ) হায়না কৌই ॥ ১৯৪ ॥

বিরাটকী মচাশিংনা 'সোমসদ' হায়না কৌই, মখোয় অসিনা সাধ্যশিংগী পিতৃলোকনি অহুগা মরোল অহুমদা ফাওরবা অগ্নি-

দৈত্য-দানব-যক্ষাণাং গন্ধর্ব্বোরগ রক্ষসাম্।
সুপর্ণ-কিন্নরাণাঞ্চ স্মৃতা বর্হিষদোঽত্রিজাঃ॥ ১৯৬
সোমপা নাম বিপ্রাণাং ক্ষত্রিয়াণাং হবির্ভুজঃ।
বৈশ্যানামাজ্যপা নাম শূদ্রাণান্তু সুকালিনঃ॥ ১৯৭
সোমপাস্তু কবেঃ পুত্রা হবিষ্মন্তোঽঙ্গিরঃ সুতাঃ।
পুলস্ত্যস্যাজ্যপাঃ পুত্রা বশিষ্ঠস্য সুকালিনঃ॥ ১৯৮
অগ্নিদগ্ধানগ্নিদগ্ধান্ কাব্যান্ বর্হিষদস্তথা।
অগ্নিষ্বাত্তাংশ্চ সৌম্যাংশ্চ বিপ্রাণামেব নির্দ্দিশেৎ॥ ১৯৯
য এতে তু গণা মুখ্যাঃ পিতৄণাং পরিকীর্ত্তিতাঃ।
তেষামপীহ বিজ্ঞেয়ং পুত্রপৌত্রমনন্তকম্॥ ২০০

---

ষ্বাত্তানচিংবা মরীচিগী মচাশিংনা দেবতাশিংগী পিতৃলোকনি হায়না খঙ্‌নৈ॥ ১৯৫॥

বর্হিষদ কৌবা অত্রিগী মচাশিংনা দৈত্য, দানব, যক্ষ, গন্ধর্ব্ব, সর্প (লিন), রাক্ষস (হিংচাবা), সুপর্ণ (অচৌবা উচেকশিং) অমসুং কিন্নর (শগোল মকোক পানবা মী, লাইগী ইশৈ শকপা) মখোয় অসিগী মপা মপু অপোকপনি॥ ১৯৬॥

ব্রাহ্মণশিংগী মপা মপুনা সোমপা, ক্ষেত্রিগীনা হবির্ভুজ, বৈশ্যগীনা আজ্যপা, শূদ্রগীনা সুকালিন্ হায়না কৌই॥ ১৯৭॥

ভৃগুগী মচাশিংনা হাযবিবা 'সোমপ' অসি ওইনা, অঙ্গিরাগী মচাশিংনা 'হবিষ্মন্ত' ওইনা, পুলস্ত্যগী মচাশিংনা 'আজ্যপা' ওইনা অমুগা বশিষ্ঠগী মচাশিংনা 'সুকালিন' হায়না খঙ্‌নৈ। (মিংশিং অসি কাঙ্‌বু কাঙ্‌বুগী মমিংমক্তনি হাযবা খঙ্‌নরে)॥ ১৯৮॥

অগ্নিদগ্ধ, অনগ্নিদগ্ধ, কাব্য, বর্হিষদ, অগ্নিষ্বাত্তা অমসুং সৌম্য —মখোয় পূম্নমক অসি ব্রাহ্মণশিংগী পিতৃলোকমক্তনি॥ ১৯৯॥

হায়খ্রিবা অথোই অথোইবা পিতৃশিং অসিদগী শন্দোকখিবা তাইবঙ্‌পানবা অসিদা পোকখিবা মপাল নাইদনা লৈখ্রবা বংশ

**ঋষিভ্যঃ পিতরো জাতাঃ পিতৃভ্যো দেবদানবাঃ।**
**দেবেভ্যস্তু জগৎ সর্ব্বং চরং স্থাণ্বনুপূর্ব্বশঃ॥ ২০১**
**রাজতৈর্ভাজনৈরেষামথবা রজতান্বিতৈঃ।**
**বার্য্যপি শ্রদ্ধয়া দত্তমক্ষয়ায়োপকল্পতে॥ ২০২**
**দেবকার্য্যাদ্দ্বিজাতীনাং পিতৃকার্য্যং বিশিষ্যতে।**
**দৈবং হি পিতৃকার্য্যস্য পূর্ব্বমাপ্যায়নং স্মৃতম্॥ ২০৩**
**তেষামারক্ষভূতন্তু পূর্ব্বং দৈবং নিযোজয়েৎ।**
**রক্ষাংসি হি বিলুম্পন্তি শ্রাদ্ধমারক্ষবর্জ্জিতম্॥ ২০৪**

---

পরম্পরা ( মীরোন মথং মথ তারকখিবা ) বুসু পিতৃলোক ( ইপা ইপু অপোকপা ) ঙাক্তনি হায়না খঙ্নগনি ॥ ২০০ ॥

অসুম তৌনা মরীচিনচিংবা ঋষিশিংদগী পিতৃলোক, পিতৃলোকতগীনা দেব-দানব ( লাই হিংচাবা ) অমদি লাইশিংদগীদি অচৎ-চত্ত হায়হ্না লৈরিবা লেঙ্লি পাল্লিবা পূন্নমক অসি মথং মথং তারকখি ॥ ২০১ ॥

লুপাগী পাত্রদা নল্লগা লুপা তৈবা নল্লগা য়ানবা কোরী পাত্রদা পূক্নিঙ্দা থাজবগা লোয়ননা পিতৃশিংদা ঈশিং দান তৌরবদি মখোয়না লোইবা নাইদবমখৈ পেনবিহ্নতা লৈ ॥ ২০২ ॥

দ্বিজাতিশিংনা লাইগী থবক্তগীসু পিতৃশিংগী থবক্না হেন্না তৌফম থোকই. লাইগী অমসুং ইপা ইপু অপোকপগী করিগুম্বা থবক অমা তৌদ্রিঙৈগী মমাঙ্দা তৌগদবনি হায়নরিবশিং অতুদি তৌগদৌরিবা শ্রাদ্ধ অত্তগী অঙ্গ ( শরূক ) অমা ওইনা হান্না তুক পাঙ্থোকপতনি হায়না শাস্ত্রনা হায় ॥ ২০৩ ॥

দেবকার্য্য ( লাই পূজা তৌব ) দি পিতৃকার্য্য ( অপোকপা খুরুম্বগী ) গী ঙাকথোক্লবনি—মরম অতুনা 'বিশ্বদেব' ( গণদেবতা ) পূজাগীদমক ব্রাহ্মণবু ভাহানবমক্তদা নিমন্ত্রণ তৌগনি ; মরমদি শ্রাদ্ধনচিংবদা ( উৎসবনচিংবসু ) ঙাকপিবা অমা য়াওদ্রবদি হিংচাবশিংনা মতু পুন্নমক মাঙহল্লি ॥ ২০৪ ॥

দৈবাদ্যন্তং তদীহেত পিত্রাদ্যন্তং ন তদ্ভবেৎ।
পিত্রাদ্যন্তং ত্বীহমানঃ ক্ষিপ্রং নশ্যতি সান্বয়ঃ॥ ২০৫
শুচিং দেশং বিবিক্তঞ্চ গোময়েনোপলেপয়েৎ।
দক্ষিণাপ্রবণঞ্চৈব প্রযত্নেনোপপাদয়েৎ॥ ২০৬
অবকাশেষু চোক্ষেষু নদীতীরেষু চৈব হি।
বিবিক্তেষু চ তুষ্যন্তি দত্তেন পিতরঃ সদা॥ ২০৭
আসনেষূপক্লৃপ্তেষু বর্হিষ্মৎসু পৃথক্ পৃথক্।
উপস্পৃষ্টোদকান্ সম্যগ্বিপ্রাংস্তানুপবেশয়েৎ॥ ২০৮

মরম অসিনা শ্রাদ্ধগী মমাঙ্ থানা (১) দৈবব্রাহ্মণ (লাই ব্রাহ্মণ) বু নিমন্ত্রণ তৌহনা কৌবগা থবক পূন্নমক লাইগী পূজান-চিংবদগী হৌনা মথং মথং চথরক্কদবনি অদুগা পূমলোই লোইরগা দৈব ব্রাহ্মণ অদু অমুক বিসর্জ্জন তৌগদবনি। মসি পিতৃনচিংবনা লোইশিনবা থক য়াদে। অহানবদা দেবকার্য্য (লাই পূজা) হান্না তৌদনা পিতৃশ্রাদ্ধদা ব্রাহ্মণনচিংবা নিমন্ত্রণ তৌবা অদুগা লোই-শিল্লকপদসু পিতৃ ব্রাহ্মণগী বিসর্জ্জনচিংবা তৌবা মী অদুদি মানা তৌরিবা শ্রাদ্ধ অদু কায়থ্রবনা থুনমক বংশ যাওনা তুম্মী॥ ২০৫॥

শ্রাদ্ধগী মফম অদু অচিকপা মফম ওইহনগদবনি, শক্ল অমদি মৈতান-চেগায় যাওদবা মফম তমা লেপ্পগা মদু যম্থান্না তৈথোক্কনি। মফম অদু মখাবোমদা অসুম ঙামথহনখিগদবনি॥ ২০৬॥

অশেংবা উরক রাবক্তা, তুবেন মপান্দা অমদি অচীকপা লমদা শ্রাদ্ধ শোল্লবদি পিতৃলোকনা মতম পুন্নমক্তা পেনবি॥ ২০৭॥

মফম অদুদা কুশগী আসন মযাম তোপ্পা তোপ্পা থারগা দৈব অমসুং পিতৃপক্ষগীদমক কৌরুবা ঈরুমায়থজহনা হৌনবী আচমন তৌরবা ব্রাহ্মণশিং অদুবু ফমহনগনি। অদুগা দেবব্রাহ্মণ (লাইগী পূজাগীদমক লাকপা ব্রাহ্মণ) গী আসনদা মতোন্না নোংপোক ওনবা কুশ অনিথক হাপকনি॥ ২০৮॥

(১) দৈবব্রাহ্মণ—মসি কুশনসু খাবৈ।

উপবেশ্য তু তান্ বিপ্রানাসনেষ্বজুগুপ্সিতান্।
গন্ধমাল্যৈঃ সুরভিভিরর্চ্চয়েদ্দেব পূর্ব্বকম্।। ২০৯
তেষামুদকমানীয় সপবিত্রাংস্তিলানপি।
অগ্নৌ কুর্য্যাদনুজ্ঞাতো ব্রাহ্মণো ব্রাহ্মণৈঃ সহ।। ২১০
অগ্নেঃ সোমযমাভ্যাঞ্চ কৃত্বাপ্যায়নমাদিতঃ।
হবির্দ্দানেন বিধিবৎ পশ্চাৎ সন্তর্পয়েৎ পিতৄন্।। ২১১
অগ্ন্যভাবে তু বিপ্রস্য পাণাবেবোপপাদয়েৎ।
যো হ্যগ্নিঃ স দ্বিজো বিপ্রৈর্মন্ত্রদর্শিভিরুচ্যতে। ২১২
অক্রোধনান্ সপ্রসাদান্ বদন্ত্যেতান্ পুরাতনান্।
লোকস্যাপ্যায়নে যুক্তান্ শ্রাদ্ধদেবান্ দ্বিজোত্তমান্।। ২১৩

---

অসুন্না শেংনা কুশগী আসনদা ফম্নরবা ব্রাহ্মণশিং অদূবু কুঙ্কুম চন্দন্নচিংবা তৈবিগনি, লৈ-চন্দন-ধূপ-থাউমৈনচিংবনা দেব পক্ষগী ব্রাহ্মণদগী হৌনা মথং মথং পূজা তৌগনি ।। ২০৯ ।।

অর্ঘ্যগী ঈশিংদা থোয়দিং অমসুং পবিত্রন'চিংবা ( কুশ লৈন-চিংবা ) হাপ্নুনা ( কৎলগা ) মখোয়দগী য়াথং লৌহনা মথাগী নিয়ম অসিদা মৈদা হোম তৌগনি ।। ২১০ ।।

অহানবদা অগ্নি, সোম অমসুং যম—মখোয় অসিবু হৌনবী মতুংইন্না হবি (ঘিনচিংবা) পীরগা মথংদা চাকনচিংবনা পিতৃলোক-কীদমক পীহনা পেলহনগনি ।। ২১১ ।।

করিগুম্বা অগ্নিকরণগী অধিকার লৈতবা মীনা কর্ত্তা ওইরবদি ব্রাহ্মণশিং অহুগী মখুত্তা হায়রিবা আহুতি তুহুম অসি পীগনি। মন্ত্রহৈবা ব্রাহ্মণশিংনা হায় মহুদি—মৈ-দি ব্রাহ্মণনি, মরম অহুনা মৈগা ব্রাহ্মণগা অমত্তনি ।। ২১২ ।।

মহুনচিংবা ঋষিশিংনা হায়রম্মী মহুদি—ব্রাহ্মণশিংদি শাউবা লৈতে, মতম পুম্নমক্তা মকারামহুনতা লৈ, সৃষ্টিগী ঈচেল অসিদা মখোয়দগী হানবা লৈতবদগী লিরবনি, হোমগী থবক তৌবনচিংবনা

অপসব্যমগ্নৌ কৃত্বা সর্ব্বমাবৃৎপরিক্রমম্ ।
অপসব্যেন হস্তেন নির্ব্বপেদুদকং ভুবি ॥ ২১৪
ত্রীংস্তু তস্মাদ্ধবিঃ শেষাৎ পিণ্ডান্ কৃত্বা সমাহিতঃ ।
ঔদকেনৈব বিধিনা নির্ব্বপেদ্দক্ষিণামুখঃ ॥ ২১৫
ন্যুপ্য পিণ্ডাংস্ততস্তাংস্তু প্রয়তো বিধিপূর্ব্বকম্ ।
তেষু দর্ভেষু তং হস্তং নিমৃজ্যাল্লেপভাগিনাম্ ॥ ২১৬
আচম্যোদকৃপরাবৃত্য ত্রিরায়ম্য শনৈরসূন্ ।
ষড়্ঋতুংশ্চ নমস্কুর্য্যাৎ পিতনেব চ মন্ত্রবিৎ ॥ ২১৭

---

তম পূন্নমক্তা মীওইবগী য়াইফনবতা হোৎনত্নুনা লৈবনি অত্নুগা াক্ষ্মণদি শ্রাদ্ধগী থবক্তসু লাৎফম ওইবা লাইমক্নি ॥ ২১৩ ॥

পর্য্যুক্ষণ (ওয়ওইননা মৈদা ঈশিংনা কোয়বা) নত্রগা পরিস্তরণ তরণ থাবা ) নচিংবা তৌফম েোকপা মৈগী থবক পূন্নমক মায় মখা ওন্না তৌগনি, মথংদা য়েৎকী খুৎনা আধার ওইবা লৈবাক্তা ঈশিং পীগনি ॥ ২১৪ ॥

মৈদা হোম তৌখিবগী লেমহৌবা পোৎশিং অত্নুনা পিণ্ড অহুমথক শাগনি অত্নুগা মায় মখা ওন্না পূন্নিঙ্ চঙনা মত্নু হান্ননা ধাত্নুনা থম্লবা কুশ ( শিংনাং মনাসু য়াই ) মথক্তা য়েৎকী খুৎকী পিতৃ তীর্থনা ( খুৎপী খুদোম্বী কারক ) ঈশিং লোয়ননা পীগনি ॥ ২১৫ ॥

অসুম্না মাগী মাগী চৎনবী মতুংইন্না য়াম্না চেকশিন্না কুশ মথক্তা পিণ্ড পীরগা বৃদ্ধপ্রপিতামহ ( ইপা পোকপা ইপুবু পোকপবু পোকপা ), অতিবৃদ্ধ-প্রপিতামহ ( বৃদ্ধপ্রপিতামহবু পোকপা ), অত্যাতি-বৃদ্ধপ্রপিতামহ ( অতিবৃদ্ধ-প্রপিতামহবু পোকপা— ইশাগা থানা মীরোন ৭ শুনা হাইগৎখিবদা থেংবা )—অসিগুম্বা 'লেপভুক্' ( অপকৃপা চাবা ) ওইবা পুরোন অহুম অসিনা পেন্নবা কুশ অত্নুগী মরুরোমদা খুৎ অসি খেৎথগনি ॥ ২১৬ ॥

মথংদা আচমন তৌরগা প্রাণায়াম অহুম্নক তৌত্নুনা মায় অন্নাং

উদকং নিনয়েচ্ছেষং শনৈঃ পিণ্ডান্তিকে পুনঃ।
অবজিঘ্রেচ্চ তান্ পিণ্ডান্ যথান্যুপ্তান্ সমাহিতঃ॥ ২১৮
পিণ্ডেভ্যস্ত্বল্পিকাং মাত্রাং সমাদায়ানুপূর্ব্বশঃ।
তানেব বিপ্রানাসীনান্ বিধিবৎ পূর্ব্বমাশয়েৎ॥ ২১৯
ধ্রিয়মাণে তু পিতরি পূর্ব্বেষামেব নির্ব্বপেৎ।
বিপ্রবদ্বাপি তং শ্রাদ্ধে স্বকং পিতরমাশয়েৎ॥ ২২০
পিতা যস্য নিবৃত্তঃ স্যাজ্জীবেদ্বাপি পিতামহঃ।
পিতুঃ স নাম সঙ্কীর্ত্ত্য কীর্ত্তয়েৎ প্রপিতামহম্॥ ২২১

---

ওল্লগা "বসন্তায নমস্তুভ্যং" অসিনচিংবা মন্ত্রনা ঋতু তব্‌কপু খুরুম-গনি, অতুগা "নমো বঃ পিতবঃ" অসিনচিংবা মন্ত্রনা মায মখা ওন্দুনা পিতৃশিংবুসু খুরুমগনি॥ ২১৭॥

পিণ্ড পীত্রিবৈঁদা পিণ্ড থম্ফমদা লৈবা উদক পাত্র (ঈশিংগী পাত্র) দা য়াওবা অবেশ্বা ঈশিং অতুনা পিণ্ডগী মনাক মনাক্তা মথং মথং হৈগনি অতুগা পীবিবা পিণ্ড অতুগী মথং মনাউ কায়দনা পিণ্ড খুদিঙ্‌মক্কী মনম লোগনি॥ ২১৮॥

মথংদা পিতৃ পিণ্ডগী মথং মনাউ নাইনা পিণ্ড খুদিঙ্‌মক্তগী শরাক খরা খরা লৌবগা মতু হান্ননা ফমখ্রবা হায়বদি চাক হাপ্ত্রি-বৈঁদগী ফমখ্রবা * ব্রাহ্মণশিং অতুদা হান্না পীজগনি॥ ২১৯॥

মপা হিংলিবৈঁদি, পিতামহনচিংবা মীবোল অহুমগী শ্রাদ্ধ শোনগনি অতুগা পিতৃ-ব্রাহ্মণগী মফমদা অপোকপা মপামকপু পীজগনি॥ ২২০॥

অতুগা মপা শিখ্রগা মপুনা হিংবা থোক্লবদি মপা অমসুং মপুথৌ পুবেন (প্রপিতামহ) গী শ্রাদ্ধ শোনগনি॥ ২২১॥

---

* সমাজগী লোনচৎ হোংলকপা মতুং ইন্না মমৈদদি ব্রাহ্মণশিং অসি কুমনা মহৎ শিন্দুনা চংনবকথি। মতু হজীকম্ তৌনরি।

পিতামহো বা তচ্ছ্রাদ্ধং ভুঞ্জীতেত্যব্রবীন্মনুঃ।
কামং বা সমনুজ্ঞাতঃ স্বয়মেব সমাচরেৎ॥ ২২২
তেষাং দত্ত্বা তু হস্তেষু সপবিত্রং তিলোদকম্।
তৎপিণ্ডাগ্রং প্রযচ্ছেত স্বধৈষামস্ত্বিতি ব্রুবন্॥ ২২৩
পাণিভ্যাস্তূপসংগৃহ্য স্বয়মন্নস্য বর্দ্ধিতম্।
বিপ্রান্তিকে পিতৄন্ ধ্যায়ঞ্ছনকৈরুপনিক্ষিপেৎ॥ ২২৪
উভয়োর্হস্তয়োর্মুক্তং যদন্নমুপনীয়তে।
তদ্বিপ্রলুম্পন্ত্যসুরাঃ সহসা দুষ্টচেতসঃ॥ ২২৫
গুণাংশ্চ সূপশাকাদ্যান্ পয়ো দধি ঘৃতং মধু।
বিন্যসেৎ প্রযতঃ সম্যগ্ ভূমাবেব সমাহিতঃ॥ ২২৬

---

মপানা হিংলবদি অহিংবা মপাবু পীজ-পীথক তৌফম থোকপা অতুগুম্না পিতামহনা হিংলবদি মহাকপুসু পীজগদবনি অতুগা মপা অমসুং মপুধৌ পুবেনগী শ্রাদ্ধ শোনগদবনি হায়বদি হিংতুনা লৈরিবা পিতামহ অতুগী যাথং লৌবগা পিতা প্রপিতামহ অমসুং বৃদ্ধপ্রপিতা-মহগী শ্রাদ্ধ শোনগদবনি —মসি মনুনা হায়বনি ॥ ২২২ ॥

অতুগুম্বা পিতৃ ব্রাহ্মণ অতুগী মখুত্তা কুশ অমসুং থোযদিং হাপ্পা ঈশিং পীবগা হান্না হাযখ্রবা পিণ্ডশিংগী মমাঙথংবা শকককশিং অদু ব্রাহ্মণ খুদিঙমক্কী মখুত্তা মথং মনাউ নাইনা 'পিত্রে স্বধাস্তু,' পিতা-মহায় স্বধাস্তু,' 'প্রপিতামহায স্বধাস্তু' হাযতুনা পীগনি ॥ ২২৩ ॥

মথংদা পিতৃলোকপু ধ্যান তৌনা তৌনা চাক অথনবা চফু অদু থোংফম (চাকখুম) দগী যম্ন মশামক্না মখুৎ অনি চঙতুনা পুবক্লগা ব্রাহ্মণশিংগী মমাঙদা থমগনি ॥ ২২৪ ॥

অন্নপাত্র (চাক হাপ্পা পাত্র) নচিংবসি খুৎ অনি চঙনা চঙনা ব্রাহ্মণগী মনাক্তা পুবক্কদবনি, খুৎ অনিনা পাযবা থাদোক্লবদি মপূক ফত্রবা হিংচাবশিংনা মতু হেক্তমক হূতুনা পুখি ॥ ২২৫ ॥

মনা-মশীং অমদি শ্রাদ্ধদা থোংবা যাবা হরাইনচিংবগী মহী-মনাইনচিংবা ঈনশাং পূন্নমক অতুগা শঙ্গোম অনৌবা, অফবা, ঘি

ভক্ষ্যং ভোজ্যঞ্চ বিবিধং মূলানি চ ফলানি চ।
হৃদ্যানি চৈব মাংসানি পানানি সুরভীণি চ ॥ ২২৭
উপনীয় তু তৎ সর্ব্বং শনকৈঃ সুসমাহিতঃ।
পরিবেষয়েত প্রযতো গুণান্ সর্ব্বান্ প্রচোদয়ন্ ॥ ২২৮
নাস্রমাপাতয়েজ্জাতু ন কুপ্যেন্নানৃতং বদেৎ ॥
ন পাদেন স্পৃশেদন্নং ন চৈতদবধূনয়েৎ ॥ ২২৯
অস্রং গময়তি প্রেতান্ কোপোঽরীননৃতং শুনঃ।
পাদস্পর্শস্তু রক্ষাংসি দুষ্কৃতীনবধূননম্ ॥ ২৩০

---

খোইহী—পূন্নমক অসি হাপ্পা পূর্ণপাত্রবু থরায় য়াওনা, তশেং-তশেংনা পুশিল্লক্কনা হাপ্ত্রিঙৈদা ব্রাহ্মণগী মনাক্তা লৈপাক্তা থমগনি ॥ ২২৬ ॥

অসুম তৌহুনা চানবা থক্লবা পোৎলম পূন্নমক, উহৈ-রাহৈশিং, অলাউ-অহাউবা শা-ঙানচিংবগী মথেন অহুগা মনম নুংশি-নুংশিরবা থক্লনবা পোৎলমশিং—অসি পূন্নমক মথং মথং ওইনা ব্রাহ্মণগী মনাক্তা লৈপাক্তা থনগনি ॥ ২২৭ ॥

অসুম তৌনা চাক ঈনশাং পূন্নমক মথং মথং ব্রাহ্মণগী নাক্তা পুশিল্লক্লগা য়াম্না চেকশিন্না মখোয়না হাপ্পা হাপ্পা মথেন মকোয়শিং অহুগী হাউবা থুম্বগী মরম নিঙথিনা তাক্কনি ॥ ২২৮ ॥

অসুম্না চাক ঈনশাং য়েনবা মতমদা কপলোইদবনি, শাউরোই-দবনি, ওইদবা ৱা ঙাঙলোইদবনি, চাক-ঈনশাং অহু খোঙনা শোকহল্লোইদবনি নত্ত্রগা চাক-ঈনশাং হাপ্পা পাত্র অহুদগী চোং-থোকখিহুনা চাননবা পাত্রদা ইচাই চাইনা তাহল্লোইদবনি ॥ ২২৯

চাক পায়না পায়না কপ্লবদি অহুগুম্বা চাক অহুনা প্রেতশিংগী, শাউরগনা য়েক্লবগী, ওইদবা হায়রগনা চাক অহুনা হুইশিংগী, অহুগা খোঙনা শোক্লগনা হিংচাবশিংগী অহুগা চাক চাইহল্লবদি মহুনা পাপীশিংগী পাপাত্মা অদুবু পেলহল্লি। মরম অহুনা অসিগুম্বা দোষ

যদ্‌যদ্‌রোচেত বিপ্রেভ্যস্তত্তদ্দদ্যাদমৎসরঃ।
ব্রহ্মোদ্যাশ্চ কথাঃ কুর্য্যাৎ পিতৄণামেতদীপ্সিতম্ ॥ ২৩১
স্বাধ্যায়ং শ্রাবয়েৎ পিত্র্যে ধর্ম্মশাস্ত্রাণি চৈব হি।
আখ্যানানীতিহাসাংশ্চ পুরাণানি খিলানি চ ॥ ২৩২
হর্ষয়েদ্ ব্রাহ্মণাংস্তুষ্টো ভোজয়েচ্চ শনৈঃ শনৈঃ।
অন্নাদ্যেনাসকৃচ্চৈতান্ গুণৈশ্চ পরিচোদয়েৎ ॥ ২৩৩
ব্রতস্থমপি দৌহিত্রং শ্রাদ্ধে যত্নেন ভোজয়েৎ।
কুতপঞ্চাসনে দদ্যাৎ তিলৈশ্চ বিকিরেন্মহীম্ ॥ ২৩৪

---

লৈরবা চাক ঈনশাংনা পিতৃলোকপু কৈদৌডৈদসু পেলহনবা ঙমদে ॥ ২৩০ ॥

মানা মানা পান্নবা, হৈনবা যেংহুনা পাম্মুবা হুংনাঙবা লৈতনা ব্রাহ্মণশিংদা চাক ঈনশাংনচিংবা হাপকনি। ব্রাহ্মণ ভোজনগী মতম অসিদা ঈশ্বরগী ভত্তগী মরমদা অস্তুম বারী শানগনি। মসিমক পিতৃশিংনা পামজবা থবক্নি ॥ ২৩১ ॥

শ্রাদ্ধগী মতমদা ব্রাহ্মণশিংবু বেদ, ধর্ম্মশাস্ত্র, আখ্যান ( ৱারী লাইবিক ), ইতিহাস, পুরাণ নত্রগা খিল হায়বদি শ্রীসূক্ত ( ঋগ্বেদগী মন্ত্র ) নচিংবা তাহনগদবনি ॥ ১৩১ ॥

যূম্বু মশামক্না যাম্না হরাউনা অথুম্বা বাহৈ বা তানা ব্রাহ্মণশিংগী পেন্নবা হোৎনগনি ; ভপ্পা ভপ্পা মখোযবু পীজগনি অমস্তুং চাক-ঈনশাংগী মগুণ হায়না হায়না 'লৌবীয়ু হাবিয়ু' অসিনচিংবা হায়হুনা থবা হেন্না চাবিনবা ব্রাহ্মণদা নোল্লুক্না হায়জগনি ॥ ২৩৩ ॥

মচানূপীনা পোকপা মশাবু ব্রহ্মচারী ওইরবস্তু শ্রাদ্ধদা নিঙথিনা পীজ-পীথক ভৌগনি। নিঙোন মচা-মশা অতু নত্তনা অতোপ্পা পূন্নমক্কীদি নেপাল-কম্বল ( নেপালদা থোকপা অথাবা ফি জাৎ অমা ) না ফিদা ওইনা থাগনি অমদি শ্রাদ্ধ শোনফম অতু গোয়-দিংনা থুংনা চাইথোক্কনি ॥ ২৩৪ ॥

ত্রীণি শ্রাদ্ধে পবিত্রাণি দৌহিত্রঃ কুতপস্তিলাঃ।
ত্রীণি চাত্র প্রশংসন্তি শৌচমক্রোধমত্বরাম্ ॥ ২৩৫
অত্যুষ্ণং সর্ব্বমন্নং স্যাদ্ভুঞ্জীরংস্তে চ বাগ্যতাঃ।
ন চ দ্বিজাতয়ো ব্রূয়ুর্দাত্রা পৃষ্টা হবির্গুণান্ ॥ ২৩৬
যাবদুষ্ণং ভবত্যন্নং যাবদশ্নন্তি বাগ্যতাঃ।
পিতরস্তাবদশ্নন্তি যাবন্নোক্তা হবির্গুণাঃ ॥ ২৩৭
যদ্বেষ্টিতশিরা ভুঙ্‌ক্তে যদ্ভুঙ্‌ক্তে দক্ষিণামুখঃ।
সোপানৎকশ্চ যদ্ভুঙ্‌ক্তে তদ্বৈ রক্ষাংসি ভুঞ্জতে ॥ ২৩৮

---

নিঙোল মচানে (মশূ), নেপাল কম্বলনে অহুগা থোযদিংনে —অহুম অসিদি শ্রাদ্ধগী থবক্তা খ্বাযদগী হেন্না শেংবনি খঙ নগনি। হকচাংগী অশেংবা মতৌ, শাউদবা, তফিং-তফিংদবা ( থকচানবা তৌদবা ), —অহুম অসিসু শ্রাদ্ধগী থবক্তা অহেনবনি হাযনা শীংথানৈ ॥ ২৩৫ ॥

ব্রাহ্মণশিংনা—চাবদা মতিক চাববা অশাবা চাক ঈনশাং অহুরা ঙাঙ্‌বা তৌদনা তূমিন্না চাগনি, যুম্নুনা হাউবা হাউতবগী মবম হংলক্লবসু মচীন্দা রাহৈনা মহুগী পাউখুম থক পীবোইদবনি ॥ ২৩৬ ॥

চাক-ঈনশাং অহুনা শাবিবমখৈ, ব্রাহ্মণশিংনা রাঙাঙ্‌দনা তূমিন্না অসুম চাহুনা অমদি হব্যগী পোৎশিং অহুগী অহাউ-তাউতবগী মবম হাযদ্রিমখৈ পিতৃশিংনা ইপা-ইপুশিংনা মহু ব্রাহ্মণগী চীন্দগী অহুম্মক চায় । ২৩৭ ॥

ব্রাহ্মণশিংনা মকোক্ত কোযেৎনচিংবা ফি যেৎনা য়েৎনা, মমায় মথা ওন্না অমদি খোঙ্‌দা খোঙ্‌উপ-খুরুম তোংহুনা চাক চারবদি মহু হিংচাবগী চীঞ্জাক ওইহুনা তোকই হাযবদি ইপা-ইপুনা থক পেনবা ওইদে ॥ ২৩৮ ॥

চাণ্ডালশ্চ বরাহশ্চ কুক্কুটঃ শ্বা তথৈব চ।
রজস্বলা চ ষণ্ডশ্চ নেক্ষেরন্নশ্নতো দ্বিজান্। ২৩৯
হোমে প্রদানে ভোজ্যে চ যদেভিরভিবীক্ষ্যতে।
দৈবে কর্ম্মণি পিত্র্যে বা তদ্গচ্ছত্যযথাতথম্॥ ২৪০
ঘ্রাণেন শূকরো হন্তি পক্ষবাতেন কুক্কুটঃ।
শ্বা তু দৃষ্টিনিপাতেন স্পর্শেনাবরবর্ণজঃ॥ ২৪১
খঞ্জো বা যদি বা কাণো দাতুঃ প্রেষ্যোঽপিবাভবেৎ।
হীনাতিরিক্তগাত্রো বা তমপ্যপনয়েৎ ততঃ॥ ২৪২

---

ব্রাহ্মণশিংনা ফমতুনা চারি-থক্লিডৈ॥ চণ্ডাল, হুই, য়েন, ওক, থাগী খোঙচৎ তন্নিবী (হুমিৎ থা মশক উবা য়াত্রিবী) নুপী, নপুংসক ( নিপা নুপী খঙ্‌দবা ), অসিনচিংবনা মখোয়বু উখিদনবা হোৎন-গদবনি॥ ২৩৯॥

মরমদি—অগ্নিহোত্র ( মৈদা হোম তৌবা ) নচিংবদা, ষণ অমদি সনানচিংবা দান তৌবদা, মঙ্গলগীদমক ব্রাহ্মণ ভোজন তৌবদা, থাশি-থানিনগী ওইবা লাইগী থবক-থনাদা অমদি শ্রাদ্ধনচিংবা ইপা ইপু লাৎপগী থবক তৌবা মতমদা চণ্ডালনচিংবনা উথ্রবদি ফংনিঙ্‌বা মহৈ ফংদনা তোকই॥ ২৪০॥

ওকনা মনম নমতুনা, য়েননা মশাগী মুংশিংনা হায়বদি হুম্নকপদা চেনবা মুংশিংনা, হুইনা য়েংবনা অদুগা শূদ্রনা শোকপনা শ্রাদ্ধনচিংবা কর্ম্মবু মাঙ্‌হন-তাকহল্লি, মরম অদুনা মখোয় অসিবু থবক তৌবা মতমদা থাপ্না তাম্থোক্কনি॥ ২৪১॥

খোঙ্‌তেকপা, মমিৎ নামা তাঙ্‌বা, মখোঙ্‌-মখূৎনচিংবা রাৎপা নত্রগা ফিবম কায়বা হায়বদি মখোঙ্‌ মখূৎ লোঙ্‌বা নত্রগা কা-হেনবা অসিগুম্বা মীওইদি মুম্বু অদুগী মচা মনাই ফনমক ওইহুনসু শ্রাদ্ধ শোনফমদগী তাম্থোক্কনি অদুগা শূদ্রবুসু চঙ্‌হল্লোই॥ ২৪২॥

ব্রাহ্মণং ভিক্ষুকং বাপি ভোজনার্থমুপস্থিতম্।
ব্রাহ্মণৈরভ্যনুজ্ঞাতঃ শক্তিতঃ প্রতিপূজয়েৎ॥ ২৪৩
সার্ব্ববর্ণিকমন্নাদ্যং সন্নীয়াপ্লাব্য বারিণা।
সমুৎসৃজেদ্ভুক্তবতামগ্রতো বিকিরন্ ভুবি॥ ২৪৪
অসংস্কৃতপ্রমীতানাং ত্যাগিনাং কুলযোষিতাম্।
উচ্ছিষ্টং ভাগধেয়ং স্যাদ্দর্ভেষু বিকরশ্চ যঃ॥ ২৪৫
উচ্ছেষণং ভূমিগতমজিহ্মস্যাশঠস্য চ।
দাসবর্গস্য তৎ পিত্র্যে ভাগধেয়ং প্রচক্ষতে॥ ২৪৬
আসপিণ্ডক্রিয়াকর্ম্ম দ্বিজাতেঃ সংস্থিতস্য তু।
অদৈবং ভোজয়েচ্ছ্রাদ্ধং পিণ্ডমেকন্তু নির্ব্বপেৎ॥ ২৪৭

---

শ্রাদ্ধগী মতমদা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ নত্রগা চাকনিংনা অতিথি ওইনা লাক্লবদি হান্নগী বার্ত্তোন তৌহনা লাকখিবা ব্রাহ্মণশিং অদুগী য়াথং লৌরগা মখোয়বুসু ঙমজবা মওঙদা পীজ-পীথক তৌগনি॥ ২৪৩॥

ব্রাহ্মণশিংনা চাবা থকপা লোইখ্রবদা অবেম্বা চাক-ঈনশাং পূম্নমক অদু অমমমতা ওইনা ঈশিংনা খাত্তোরগা মখোয়গী মমাঙ মমাঙগী লৈমায়দা কুশ মথক্তা থমগনি॥ ২৪৪॥

অসুম্না ব্রাহ্মণনা লেম্লম্লবা, কুশ মথক্তা থম্লবা চাব-ঈনশাং অসিদি পো... ইবা য়াদবদগী সমাধি তৌখিবা শিখ্রবা অঙাংশিং, অদুগা দোষ লৈতবী মশাগী নূপীবু খাইনরম্লগা শিখিবা মীশিং—মখোয় অদুগী শরূক্তি হায়বসি খঙ্নগনি॥ ২৪৫॥

শ্রাদ্ধ কর্ম্মদা লৈবাক্তা তাখিবা লুখা... ...না মপূকচেন তিংবা, অতনবা লৈতনা নোম্বা-লীকপা তৌবা, লৌথূপ-লৌকোয় য়াওদবা অদুগুম্বা মীনাইশিং অদুগী শরূক্তি হায়না মহুনচিংবনা হায়॥ ২৪৬॥

কনাগুম্বা দ্বিজাতিনা শিরমদাইদা তৌবা হৌনবা সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধ ফাওবা অদু হায়বদি সপিণ্ডীকরণগী মমাঙদা তৌবা হৌনবা

**সহপিণ্ডক্রিয়ায়ান্তু কৃতায়ামস্য ধর্ম্মতঃ।**
**অনয়ৈবাবৃতা কার্য্যং পিণ্ডনির্ব্বপণং সুতৈঃ॥ ২৪৮**
**শ্রাদ্ধং ভুক্ত্বা য উচ্ছিষ্টং বৃষলায় প্রযচ্ছতি।**
**স মূঢ়ো নরকং যাতি কালসূত্রমবাক্শিরাঃ॥ ২৪৯**
**শ্রাদ্ধভুগ্ বৃষলীতল্পং তদহর্যোঽধিগচ্ছতি।**
**তস্যাঃ পুরীষে তন্মাসং পিতরস্তস্য শেরতে॥ ২৫০**
**পৃষ্ট্বা স্বদিতমিত্যেবং তৃপ্তানাচাময়েৎ ততঃ।**
**আচান্তাংশ্চানুজানীয়াদভি ভো রম্যতামিতি॥ ২৫১**

---

দ্বাদশ মাসিক শ্রাদ্ধ (থা ১২ গী শ্রাদ্ধ) ফাওবহ্ বৈশ্যদেব য়াওদনা তৌগনি। অসিগুম্বা শ্রাদ্ধ অসিদদি ব্রাহ্মণ অমা, পিণ্ড অমা অহ্নগা পবিত্র অমা ( কুশ মনা অমা ) চঙ্গনি ॥ ২৪৭ ॥

চৎনবী ধর্ম্মগী মতুং ইন্না শিখ্রবা মাগী সপিণ্ডীকবণ লোইরবদা, মচানিপাশিংনা মৃতাহ ( শিবা-হুমিৎ ) নচিংবা তিথি পুন্নমক্তা পার্ব্বণগী হৌনবী কায়দনা মী অহ্নগী দমক্তা পিণ্ড পীগনি ॥ ২৪৮ ॥

শ্রাদ্ধদা চারিবা ব্রাহ্মণনা মাগী অরেম্বা অহ্ শূদ্রদা পীহ্না চাহল্লবদি, অহ্নুম্বা অপঙ্বা ব্রাহ্মণ অহ্না শিরগা মরু লুক্না লুক্না 'কালসূত্র' কৌবা নরক অহ্ তান্না চৎলি ॥ ২৪৯ ॥

শ্রাদ্ধদা চারুরগা মহ্নগী অহিং হুংথিল অহ্নদা মাগী নূপীগা লৈপুন ওইনরুবা থোক্লবদি মাগী মপা মপুশিং পুন্নমক নূপী অহ্নগী অমাংবদা ( মথীদা ) থা অমা চুপ্পা হিপ্পুন্না তাদূনা লৈবে ॥ ২৫০ ॥

অসুম্না চাবদা ব্রাহ্মণশিং অহ্না পেল্লম্লগনি হায়না উরবা মতমদা 'স্বদিত' হায়বদি 'পেনবিরবরা' অসুম হায়না হংলগা আচমন তৌহ্না শেংদোকহনগনি। ( ঈশিং থাহ্না মচীন মখুৎ শেংদোক-হনগনি )। লোইরগা মখোয়বু 'অভিরম্যতাম্' হায়বদি 'পোথাবীয়্' অসি হায়হ্না পোথানবা হায়জগনি ॥ ২৫১ ॥

স্বধাস্ত্বিত্যেব তং ব্রূয়ুর্ব্রাহ্মণাস্তদনন্তরম্।
স্বধাকারঃ পরা হ্যাশীঃ সর্ব্বেষু পিতৃকর্ম্মসু ॥ ২৫২
ততো ভুক্তবতাং তেষামন্নশেষং নিবেদয়েৎ।
যথা ব্রূয়ুস্তথা কুর্য্যাদনুজ্ঞাতস্ততো দ্বিজৈঃ ॥ ২৫৩
পিত্র্যে স্বদিতমিত্যেবং বাচ্যং গোষ্ঠে তু সুশ্রুতম্।
সম্পন্নমিত্যভ্যুদয়ে দৈবে রুচিতমিত্যপি ॥ ২৫৪
অপরাহ্নস্তথা দর্ভা বাস্তুসম্পাদনং তিলাঃ।
সৃষ্টির্মৃষ্টির্দ্বিজাশ্চাগ্র্যাঃ শ্রাদ্ধকর্ম্মসু সম্পদঃ ॥ ২৫৫

মথংদা ব্রাহ্মণশিং অদুনা যৃম্নু অদুবু 'স্বধাস্ত্ত' (স্বধা ওইরসনু) হায়দুনা আশীর্ব্বাদ তৌবীগনি। পিতৃকার্য্য পূম্নমক্তা 'স্বধা' হায়বা রাহৈ অসি উচ্চারণ তৌরবদি য়েৌনা আশীর্ব্বাদ তৌবা ওই ॥ ২৫২ ॥

ব্রাহ্মণনা অসুম্না 'স্বধাস্ত্ত' হায়রবদা অবেম্বা চাক অসি কনাদা পীজৌ হায়বগে হায়না ব্রাহ্মণশিং অদুদা হংলগা মখোয়না পীখো হায়বা মীশক অদুদা য়ৃম্নুনা পীখিগনি ॥ ২৫৩ ॥

মপা মমাগী একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধদা 'স্বদিত' হায়দুনা, গোষ্ঠী ( ময়ামগী ওইবা ) শ্রাদ্ধদা 'সুশ্রুত' অসি হায়দুনা বৃদ্ধি-শ্রাদ্ধদনা ( আভ্যুদয়িক শ্রাদ্ধ=মঙ্গলগী থবক অমা তৌদ্রিঙৈদা হান্না পাঙ্-থোকপা হৌনবা শ্রাদ্ধ মখল অমা ) 'সম্পন্ন' রাহৈ অসি হায়দুনা অদুগা দৈব শ্রাদ্ধ (লাইগী শ্রাদ্ধ) দনা 'রুচিত' রাহৈ অসি হায়দুনা ব্রাহ্মণশিংনা পেনবা পেন্দবা ( ওকপা ওক্তবা ) হংগনি ॥ ২৫৪ ॥

শ্রাদ্ধকর্ম্মগী অথোইবা পোৎচঙ্দি ( মরলদি ) হুমিদাংরাই-রমনে, কুশনে, য়ুম-কৈ ( শ্রাদ্ধ শোনফম ) শেংদোক-খোত্তোকপনে, থোয়দিংনে, অরাবা খঙ্দনা ব্রাহ্মণশিংবু পেন্নবা পীজ-পীথকপনে, অশেংবা অফবা চাক-ঈনশাংনে, অথোইবা ব্রাহ্মণনে মখোয় অসিনি ॥ ২৫৫ ॥

দর্ভাঃ পবিত্রং পূর্ব্বাহ্নো হবিষ্যাণি চ সর্ব্বশঃ।
পবিত্রং যচ্চ পূর্ব্বোক্তং বিজ্ঞেয়া হব্যসম্পদঃ ।। ২৫৬
মুন্যন্নানি পয়ঃ সোমো মাংসং যচ্চানুপস্কৃতম্।
অক্ষারলবনঞ্চৈব প্রকৃত্যা হবিরুচ্যতে ।। ২৫৭
বিসৃজ্য ব্রাহ্মণাংস্তাংস্তু নিয়তো বাগ্‌যতঃ শুচিঃ।
দক্ষিণাং দিশমাকাঙ্ক্ষন্ যাচেতেমান্ বরান্ পিতৄন্।। ২৫৮
দাতারো নোঽভিবর্দ্ধন্তাং বেদাঃ সন্ততিরেব চ।
শ্রদ্ধা চ নো মা ব্যগমদ্বহুদেয়ঞ্চ নোঽস্ত্বিতি ।। ২৫৯

---

কুশ, মন্ত্র, অয়ুক্পী মতম, অফবা হবিগী চাক-ঈনশাংনচিংবা, অমদি মথক্তা হায়গ্রবা শেংদোক্লবা য়ূম-কৈ ( শ্রাদ্ধ শোনফম ) অসি-নচিংবসিনা দেবকর্ম্মদা অথোইবা মচাকনি হায়না শীংথানৈ ।। ২৫৬ ।।

হবি হায়বদি—মুনিশিংনা চাবা রাইনু চরানচিংবা মথন্তা হৌজরকপা ফৌ ( তৃণধান্য ), শঙ্গোম অনৌবা, সোম কৌবা উরীগী মহী, পথ-পুমথদ্রিবা শদূম অতেকপা, সৈন্ধবনচিংবা থূৎশেম চঙ্‌দবা থুম—পূন্নমক অসিবু মহর্ষিশিংনা হবি কৌই হায়রম্মী ।। ২৫৭ ।।

বার্ত্তোন তৌহুনা কৌরুবা ব্রাহ্মণশিংবু থাদোকগ্রগা ( বিদায় তৌনহুনা চৎহনখ্রবদা ) য়ুম্মু অহুনা মশা শেংনা, রা ঙাঙ্‌দনা, পূক্নিঙ্‌ চঙ্‌না মখা মায়কৈদা অস্তুম য়েংনা য়েংনা পিতৃলোকশিংদগী মখাগী বরশিং অসি নিগনি, মহুদি—।। ২৫৮ ।।

ঐখোয়গী শাগৈদা দান তৌবা মীগী মশীং হেনগৎলকসনু, ভমশিনবা অমদি তাকপিবনা মতম পূন্নমক্তা বেদ শাস্ত্রবু নৈনহুনতা লৈসনু, ঐখোয়গী ইচা ইশূগী মশীং চাওখৎলকসনু, বেদবু য়োনা থাজবা মতৌ অহু ঐখোয়গী বংশদগী খক মাঙ খিদবা ওইসনু অহুগা মতিক চানা দান তৌজবা ঙম্নবা ঐখোয়গী শাগৈদা লল য়াম্না লৈবা ওইসনু ।। ২৫৯ ।।

এবং নির্ব্বপণং কৃত্বা পিণ্ডাংস্তাংস্তদনন্তরম্।
গাং বিপ্রমজমগ্নিং বা প্রাশয়েদপ্সু বা ক্ষিপেৎ॥ ২৬০
পিণ্ডনির্ব্বপণং কেচিৎ পুরস্তাদেব কুর্ব্বতে।
বয়োভিঃ খাদয়ন্ত্যন্যে প্রক্ষিপন্ত্যনলেঽপ্সু বা। ২৬১
পতিব্রতা ধর্ম্মপত্নী পিতৃপুজনতৎপরা।
মধ্যমন্তু ততঃ পিণ্ডমদ্যাৎ সম্যক্ সুতার্থিনী॥ ২৬২
আয়ুষ্মন্তং সুতং সূতে যশোমেধাসমন্বিতম্।
ধনবন্তং প্রজাবন্তং সাত্ত্বিকং ধার্ম্মিকং তথা॥ ২৬৩

---

পিণ্ড পিতৃনা মথক্কী অসুম্না বব নিবা লোইবগা পিণ্ডশিং অতুনা ষণবী, ব্রাহ্মণ (শ্রাদ্ধগী পিণ্ড চাবা মহাব্রাহ্মণ হাযনা খঙ্নবা অতোনবা কাঙ্বু) নত্রগা হামেঙ্দা পীজগনি নত্রগা ঈশিংদা লংথগনি।। ২৬০ ।।

কনা কনাগুম্বা আচার্য্যনা ব্রাহ্মণ-ভোজন হান্না তৌহল্লগা পিণ্ডনা কোন্না পীনৈ। কনা কনাগুম্বনা পিণ্ডশিং অতু উচেক্তা পীজে, অতুগা কাঙ্বু অমনা নমুক মখোয় অদূবু মৈহুংদা লংশিল্লি, কনা অমনা ঈশিংদা থাদৈ।। ২৬১ ।।

ইপা-ইপু লাৎপদা (অপোকপা খুকুম্বদা) থরায য়াওবী, মপুবোযবগী সেবা চঙ্খোনবী, ধর্ম্মগী থবক্তা মপুবোয়বগী লোয়নবী ওইবী নূপীনা মচা পোকচনিঙ্বতনা তৌবা থবক ওইরবদি মাগী মাগী হৌনবী (চৎনবী) মন্ত্রনা মযায থংবা পিণ্ড হায়বদি পিতামহ (মপা পোকপা মপু) গী পিণ্ড অতু মঙোন্দা পীজগনি।। ১৬২ ।।

অসুম্না মযায় থংবা পিণ্ড অসি চাবদা ধর্ম্মপত্নী অতুনা পোক্লকপা মচানিপা অতুদি মপুন্সী শাংই, মিংচৎ চাউই, লৌশিং শিংই, ইনাক খুল্লি, মচা-মশূ মবা তাই, সাত্ত্বিক ওইবা গুণ চেল্লি অমসুং ধর্ম্ম খঙই।। ২৬৩ ।।

**প্রক্ষাল্য হস্তাবাচম্য জ্ঞাতিপ্রায়ং প্রকল্পয়েৎ।**
**জ্ঞাতিভ্যঃ সৎকৃতং দত্ত্বা বান্ধবানপি ভোজয়েৎ ॥ ২৬৪**
**উচ্ছেষণন্তু তৎ তিষ্ঠেদ্‌যাবদ্বিপ্রা বিসর্জ্জিতাঃ।**
**ততো গৃহবলিং কুর্য্যাদিতি ধর্ম্মো ব্যবস্থিতঃ ॥ ২৬৫**
**হবির্যচ্চিররাত্রায় যচ্চানন্ত্যায় কল্পতে।**
**পিতৃভ্যো বিধিবদ্দত্তং তৎ প্রবক্ষ্যাম্যশেষতঃ ॥ ২৬৬**
**তিলৈর্ব্রীহিযবৈর্মাষৈরদ্ভির্মূলফলেন বা।**
**দত্তেন মাসং প্রীয়ন্তে বিধিবৎ পিতরো নৃণাম্ ॥ ২৬৭**

---

মথংদা মথুৎ অনিমক হামদোক্লগা আচমন তৌড়না য়াম্না চেক-শিন্না শাগৈমখৈবু অমূক পীজগনি। মখোযবু লুনা তৌড়না অসুম্না চাক-ঈনশাংনচিংবা হাপ্তুনা পীজববা মতুংদা ইমারোমগী মবী-মতা-শিংবু অমূক পীজগনি ॥ ২৬৪ ॥

বিদায় তৌনববদসূ (বিসর্জ্জন) ব্রাহ্মণশিং অতুনা মফম অতুদগী চৎথোকখিদ্রিমখৈদি মখোযনা চারম্বগী লূখাক অতু শেংদোকলোই-দবনি। অসুম্না শ্রাদ্ধ কর্ম্ম লোইববদা, বৈশ্বদেবনচিংবা হুমিৎ খূদিঙগী পাঙথোকফম থোকপা থবক পূন্নমক মথং মথং চথগনি—মসিনা বেদনা য়াবা থবক ওই ॥ ২৬৫ ॥

পিতৃলোকশিংবু হৌনবী মতুংইন্না পীবদা মখোযনা মতম শাংনা লোইবা নাইদনা পেনবিড়নতা লৈবা অতুগুম্বা চাক-ঈনশাংনচিংবা অতুগী অয়াম্বা মখল-মথেল অতু হায়রক্কে ॥ ২৬৬ ॥

থোয়দিং, ফৌ, যব, শগোল হরাই অমুবা, ঈশিং, লৈহুংদা তাবা পোৎশিং (আলুনচিংবা অমসুং উহৈ-রাহৈ—মযাম অসিগী মরক্তা করিগুম্বা অমবু থাজবগা লোয়ননা হৌনবী কান্দনা পিতৃ-লোক্কীদমক পীরবদি মতুনা থা অমা চুপ্পা পিতৃলোকনা পেনবিবা ওই ॥ ২৬৭ ॥

**দ্বৌ মাসৌ মৎস্যমাংসেন ত্রীন্ মাসান্ হারিণেন চ।**
**ঔরভ্রেণাথ চতুরঃ শাকুনেনাথ পঞ্চ বৈ ॥ ২৬৮**
**ষণ্মাসাংশ্ছাগমাংসেন পার্ষতেন চ সপ্তবৈ।**
**অষ্টাবেণস্য মাংসেন রৌরবেণ নবৈব তু ॥ ২৬৯**
**দশমাসাংস্তু তৃপ্যন্তি বরাহমহিষামিষৈঃ।**
**শশকূর্ম্ময়োস্তু মাংসেন মাসানেকাদশৈব তু ॥ ২৭০**
**সংবৎসরন্তু গব্যেন পয়সা পায়সেন চ।**
**বার্ধ্রীণসস্য মাংসেন তৃপ্তির্দ্বাদশবার্ষিকী ॥ ২৭১**

---

অস্থুম তৌনা ইপা-ইপুশিংনা পাঠীনা ( শবেং ) নচিংবা ঙা পীরগনা থা অনি, শজি থোংবনা থা অহুম, য়াউ থোংবনা থা মরি অহুগা চাবা য়াবা উচেক থোংবা পীরগনা থা মঙা চূপ্পা চপ্পা পেনবিবা ওই ॥ ২৬৮ ॥

অস্থুম তৌনা হামেঙ্ থোংবা পীবগনা থা তরুক, শজি অরাংবা জাৎ পীবগা থা তরেৎ, এণমৃগ ( কৃষ্ণসার = অমুবা মচুগী শজি মখল অমা ) না থা নিপান, রুরু ( শাজল ) না থা মাপল চূপ্পা পেনবি ॥ ২৬৯ ॥

লমওক অমসুং ইবোই থোংহনা শ্রাদ্ধদা পীজরবদি পিতৃলোকনা থা ১০ পেনবি অহুগা থেব অমসুং থেংগু পীরগনা থা ১১ চূপ্পা পেনবি ॥ ২৭০ ॥

ষণ মখোম অমদি মহুনা হোৌবা শংগোম ক্ষীর পীজবগনা পিতৃলোকশিংনা চহি অমা পেনবি অহুগা বার্ধ্রীণসকী মশা পীজরগনা মখোয়না চহি ১২ চূপ্পা পেনবি। বার্ধ্রীণস = ইন্দ্রি শোল্লবা, অহল ওইববা, ঈশিং থকপা মতমদা মরৈ অমদি মনাকোঙ্ অনি—অহুম্মক্তা ঈশিং শোক্পা অহুগুম্বা হামেঙ্ অণৌবা অদুবু 'বার্ধ্রীণস' হায় ॥ ২৭১ ॥

**কালশাকং মহাশল্কাঃ খড়্গ লোহামিষং মধু ।**
**আনন্ত্যায়ৈব কল্পন্তে মুন্যন্নানি চ সর্ব্বশঃ ।। ২৭২**
**যৎকিঞ্চিন্মধুনা মিশ্রং প্রদদ্যাৎ তু ত্রয়োদশীম্ ।**
**তদপ্যক্ষয়মেব স্যাদ্বর্ষাসু চ মঘাসু চ ।। ২৭৩**
**অপি নঃ স কুলে জায়াদ্ যো নো দদ্যাৎ ত্রয়োদশীম্ ।**
**পায়সং মধুসর্পির্ভ্যাং প্রাক্‌ছায়ে কুঞ্জরস্য চ ।। ২৭৪**
**যদ্‌যদ্দদাতি বিধিবৎ সম্যক্ শ্রদ্ধাসমন্বিতঃ ।**
**তৎ তৎ পিতৄণাং ভবতি পরত্রানন্তমক্ষয়ম্ ।। ২৭৫**
**কৃষ্ণপক্ষে দশম্যাদৌ বর্জ্জয়িত্বা চতুর্দ্দশীম্ ।**
**শ্রাদ্ধে প্রশস্তাস্তিথয়ো যথৈতা ন তথেতরাঃ ।। ২৭৬**

কালশাক ( পটোল ), মহাশাক ( ঙাচিং নত্রগা খজিং ), শামুগণ্ডা, হামেঙ্ মচু অঙাঙ্বা, খোইহী অমসুং রাইনু চবানচিংবা মুনিশিংনা চাবা চীঞ্জাক—অসি পুন্নমক অসিনা পিতৃলোকপু লোইবা নাইদনা পেলহনবা যাই ।। ২৭২ ।।

বর্ষা ( নোংজুথা ) দা মঘা নক্ষত্রনা পানবা ত্রযোদশী ফংলবদি মতুদা খোইহি তোৎপা কবিগুম্বা পীবা যাবা পোৎ অমা পিতৃলোকতা পীববদি মখোযনা লোইবা নাইদনা পেনবিবা ওই ।। ২৭৩ ।।

ইপা-ইপুশিংনা অমুম্না প্রার্থনা তৌনৈ মতুদি,—ভাদ্র (থরান) থাগী মঘা নক্ষত্রনা পানবা কৃষ্ণা (থাশিগী) ত্রযোদশী (তবাহুমদোইনি পানবা ) দা নত্রগা গজচ্ছায়াযোগদা ( হস্ত নক্ষত্রনা পানবদা ) হায়বদি নোংপোক্তা শামু মমি তাবা মতমদা ঘি খোইহি হাপ্পুনা হোবা শংগোমক্ষীরনা ঐখোয়বু পেলহনবা ঙম্বা মীওই ঐখোয়গী বংশদা পোকহনবীযু ।। ২৭৪ ।।

মপূংফানা থাজহনা পিতৃলোকশিংবু হৌনবী মতুংইন্না করিগুম্বা খরদং কৎচবা মীশিং অতুদি শিরবা মতুংদা লোইবা নাইদবা অমাঙ্ অতা লৈতবা মুংঙাইবা ফংলুই ।। ২৭৫ ।।

থাশিগী ১৪ নি পানবা ( কৃষ্ণ চতুর্দ্দশী ) দি নত্তনা তন্নানি

যুক্ষু কুর্ব্বন্ দিনক্ষেষু সর্ব্বান্ কামান্ সমশ্নুতে।
অযুক্ষু তু পিতৄন্ সর্ব্বান্ প্রজাং প্রাপ্নোতি পুষ্কলাম্॥ ২৭৭
যথা চৈবাপরঃ পক্ষঃ পূর্ব্বপক্ষাদ্ বিশিষ্যতে।
তথা শ্রাদ্ধস্য পূর্ব্বাহ্লাদপরাহ্নো বিশিষ্যতে॥ ২৭৮
প্রাচীনাবীতিনা সম্যগপসব্যমতন্দ্রিণা।
পিত্র্যমানিধনাৎ কার্য্যং বিধিবদ্দর্ভপাণিনা॥ ২৭৯

---

পানবা ( দশর্মী ) হুনিত্তগী অমাবস্যা ফাওবদা লৈরিবা তিথি মভা অসিনা শ্রাদ্ধগী থবক তৌবদা ফবা হুমিৎশিংনি অদুগা নোংমা পানবা ( প্রতিপদ ) দগীনা মাপননি পানবা ( নবমী ) ফাওবদি অদুকহাক্লা ফত্তে ॥ ২৭৬ ॥

দ্বিতীয়া, চতুর্থী ) নিনি অমসুং মবিনি পানবা ) নচিংবা তূমা কায়দবা তিথিশিং অমদি ভরণী, বোহিণীনচিংবা তূমা কাযদবা নক্ষত্রশিং অসিনা পানবা মতমদা শ্রাদ্ধ শোল্লবদি অনিঙ্বমখৈ লোইনা ফংই। অদুগা প্রতিপদ ( নোংমা পানবা ), তৃতীয়া ( হুমনি পানবা ) অসিনচিংবা তূমা কায়বা ( অযুগ্ম ) তিথিশিংদা অমদি অশ্বিনী, কৃত্তিকানচিংবা তূমা কায়বা নক্ষত্রনা পানবদা পিতৃলোকশিংগী শ্রাদ্ধ শোল্লবদি মহৈ হৈবা, মচাক-মরল চেনবা অদুগুম্বা মচা-মশূ ফংং ॥ ২৭৭ ॥

শ্রাদ্ধগী থবক্তদি শুক্লপক্ষদগী কৃষ্ণপক্ষনা ( পানখৎলকপদগী শিথরকপা মতমনা ) হেন্না ফৈ; অদুগুমদুন অযক্তগীদি হুমিদাংরাইরমনা অমুক হেন্না ফৈ ॥ ২৭৮ ॥

শ্রাদ্ধগী থবক লোইদ্রিবা ফাওবা প্রাচীনাবীতী হায়বদি য়েৎকী লেংবান্দা নগুণ থাংহুনা অতনবা লৈতনা কুশ পায়হনা মতম পুন্নমক্তা পিতৃতীর্থনা ( খুৎপী খুদোম্বীগী লোন্নবা কারক্তা ) হোনবী মতুংইন্না পিতৃকার্য্য পুন্নমক তৌগনি॥ ২৭৯ ॥

রাত্রৌ শ্রাদ্ধং ন কুর্ব্বীত রাক্ষসী কীর্ত্তিতা হি সা।
সন্ধ্যায়োরুভয়োশ্চৈব সূর্য্যে চৈবাচিরোদিতে॥ ২৮০
অনেন বিধিনা শ্রাদ্ধং ত্রিরব্দস্যেহ নির্ব্বপেৎ।
হেমন্ত-গ্রীষ্ম-বর্ষাসু পাঞ্চযজ্ঞিকমন্বহম্॥ ২৮১
ন পৈতৃযজ্ঞিয়ো হোমো লৌকিকেঽগ্নৌ বিধীয়তে।
ন দর্শেন বিনা শ্রাদ্ধমাহিতাগ্নের্দ্বিজন্মনঃ॥ ২৮২
যদেব তর্পয়ত্যদ্ভিঃ পিতৄন্ স্নাত্বা দ্বিজোত্তমঃ।
তেনৈব কৃৎস্নমাপ্নোতি পিতৃযজ্ঞক্রিয়াফলম্॥ ২৮৩

অহিংদদি শ্রাদ্ধ শোনবা য়াদে। ঋষিশিংনা অহিংগী মতম্সু 'রাক্ষসীবেলা' হায়না খঙ্নৈ; অসুমনা সন্ধ্যা অনি (অমম-অঙাল শিন্নবা মতম অনি=অয়ূক তু উবা মতম অমসুং য়াচঙ্বা মতম) দসু শ্রাদ্ধ শোনবা যাদে অমদি নুমিৎ থোকপদমক ঙাইরিঙৈ হায়বদি নুমিৎ থোকপদগী ত্রিমুহূর্ত্ত (দণ্ড তরাক=পূং ২ মিঃ ২৪) ফাওবদি অয়ুক্তসু শ্রাদ্ধ শোনবা য়াদে॥ ২৮০॥

থা থূদিঙ্গী ওইনা হান্না হায়খ্রবা হৌনবী শ্রাদ্ধ অসি শোনবা ঙমগ্রবদি মথক্তা হায়খ্রিবা অসিগুম্না চহি অমগী মহুংদা হেমন্ত (হিয়াঙ্গৈ, পোয়নু), গ্রীষ্ম (শজিবু, কালেন) অমসুং বর্ষা (ইঙেন, থরান) হায়বা ঋতু অহুম অসিদা শ্রাদ্ধ অহুম্নক শোনগনি। তৌই-গুম্বসুং পঞ্চযজ্ঞগী মন্নুং চনবা শ্রাদ্ধ মখল অতুমদি মতম নাইদে, নুমিৎ থূদিঙ্গী তৌগদবনি॥ ২৮১॥

পিতৃযজ্ঞ (ইপা ইপুগী পেন্নবা তৌবা) গী হৌনবী হোম-নচিংবদি বেদ-স্মৃতিনা হায়বা নত্তবা অতোপ্পা মৈদদি থক তৌফদে। সাগ্নিক ব্রাহ্মণনচিংবদি অমাবস্যা নত্তনা কৃষ্ণপক্ষগী দশমীনচিংবা তিথিদা শ্রাদ্ধ খক শোনবা য়াদে॥ ২৮২॥

দ্বিজশিংনা স্নান তৌরগা (ঈরু-মায়থজতুনা) ঈশিংতনা পিতৃ-লোকক্তা তর্পণ তৌবা অতুতনসু নুমিৎ থূদিঙ্গী শোনবা শ্রাদ্ধগী ফল পূম্নমক অতু অতুম্মক ফংই॥ ২৮৩॥

বসূন্ বদন্তি বৈ পিতৃন্ রুদ্রাংশ্চৈব পিতামহান্।
প্রপিতামহাংস্তথাদিত্যান্ শ্রুতিরেষা সনাতনী ॥ ২৮৪
বিঘসাশী ভবেন্নিত্যং নিত্যং বামৃতভোজনঃ।
বিঘসো ভুক্তশেষন্তু যজ্ঞশেষং তথামৃতম্ ॥ ২৮৫
এতদ্বোঽভিহিতং সর্ব্বং বিধানং পাঞ্চযজ্ঞিকম্।
দ্বিজাতিমুখ্যবৃত্তীনাং বিধানাং শ্রূয়তামিতি ॥ ২৮৬

ইতি মানবে ধর্ম্মশাস্ত্রে ভৃগুপ্রোক্তায়াং
সংহিতায়াং তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥ ৩ ॥

---

মহর্ষিশিংনা পিতৃগণবু বসু, পিতামহশিংবুনা একাদশ রুদ্র ( রুদ্র তরামাথোই ) অদুগা প্রপিতামহশিংবুনা দ্বাদশ আদিত্য ( আদিত্য ১২ ) নি অসুম্না হায়—মসি সনাতন ওইবা শ্রুতিনসু ( লাই হাক্তক্তগী মথং মথং অসুম তানরকপা শোয়দ্রবা ৱা হায়বদি বেদ ) অদুম্মক য়াই ॥ ২৮৪ ॥

সুমিৎ খুদিঙ্গী 'বিঘস' নত্রগা অমৃত চাগনি। ব্রাহ্মণশিংনা চাখিবগী অরেম্বা চাক অদুবু 'বিঘস' হায়না কৌই অদুগা যজ্ঞগী লেমহৌবা পুরোডাশ ( ঘিনচিংবনা হৌবা তল ) নচিংবা অসিনা 'অমৃত' হায়না খঙ্নৈ ॥ ২৮৫ ॥

পঞ্চযজ্ঞ অমদি মদুগা লোয়নবা হৌনবা থবক পূম্নমক্কী হৌনবী নিয়ম পূম্নমক নখোয়দা ঐনা হায়রবসিনি। হুজীক অমুক দ্বিজাতি ব্রাহ্মণশিংনা করি তৌদুনা হিংনবা হৌনবগে হায়বদু হায়জরক্কে তাবিয়ু ॥ ২৮৬ ॥

অহুমশুবা অধ্যায়গী মৈতৈলোনগী শরূক লোইরে ॥ ৩ ॥

# চতুর্থোঽধ্যায়ঃ

চতুর্থমায়ুষো ভাগমুষিত্বাদ্যং গুরৌ দ্বিজঃ।
দ্বিতীয়মায়ুষো ভাগং কৃতদারো গৃহে বসেৎ ॥ ১
অদ্রোহেণৈব ভূতানামল্পদ্রোহেণ বা পুনঃ।
যা বৃত্তিস্তাং সমাস্থায় বিপ্রো জীবেদনাপদি ॥ ২
যাত্রামাত্রপ্রসিদ্ধ্যর্থং স্বৈঃ কর্ম্মভিরগর্হিতৈঃ।
অক্লেশেন শরীরস্য কুর্ব্বীত ধনসঞ্চয়ম্ ॥ ৩
ঋতামৃতাভ্যাং জীবেৎ তু মৃতেন প্রমৃতেন বা।
সত্যানৃতাভ্যামপি বা ন শ্ববৃত্ত্যা কদাচন ॥ ৪

---

দ্বিজশিংনা পুন্সীগী শরুক মরি থোকপগী অহানবা শরুক্তা ব্রহ্মচর্য্য ধর্ম্ম ঙাক্তুনা গুরুগী নাক্তা মহৈ তমতুনা লৈরগা সমাবর্ত্তন তৌগনি ( হল্লকনি ), অতুগা, থংনবা অনিশুবা শরুক্তনা নূপী থিতুনা যূম পানবগী থবক তৌগনি ।। ১ ।।

ব্রাহ্মণশিংনা, খুদোংথীবা মতমদা নত্তনা অতোপ্পা মতমদদি করিগুম্বা থরায পানবা জীব অমত্তগীসু মাঙনবা তৌফরোই হায়বদি তঙাইফদ্রবমক্তদসু শাথীনা ওৎপা-নৈবদি তৌফরোই—অসিগুম্বনা মনাৎ ওইনতুনা হিংনবা হোৎনগদবনি ।। ২ ।।

ব্রাহ্মণনা থরায় হিংনবগীদমক মশাবু অরাবা পীদনা মাগী বর্ণনা তৌফম থোকপা দোষ লৈত্রবা থবক তৌবতনা মরল-মথুম তানশিনগনি ।। ৩ ।।

ঋত অমদি অমৃতনা থরায় হিংনগনি অমদি মৃত নত্রগা প্রমৃতনা নত্রগা সত্যানৃতনসু থরায় হিংনবা য়াই অতুমদি ওইরগা হিংননবনি হায়তুনা কৈদোঙৈদসু মীগী সেবাদি থক তৌরোইদবনি ।। ৪ ।।

ঋতমুঞ্ছশিলং জ্ঞেয়মমৃতং স্যাদযাচিতম্।
মৃতন্তু যাচিতং ভৈক্ষং প্রমৃতং কর্ষণং স্মৃতম্॥ ৫
সত্যানৃতন্তু বাণিজ্যং তেন চৈবাপি জীব্যতে।
সেবা শ্ববৃত্তিরাখ্যাতা তস্মাৎ তাং পরিবর্জ্জয়েৎ॥ ৬
কুশূলধান্যকো বা স্যাৎ কুম্ভীধান্যক এব বা।
ত্র্যৈহিকো বাপি ভবেদশ্বস্তনিক এব বা॥ ৭

---

লৌবূক্ৰচিংবদা হুন্দোক্লরম্নবা মহৈ-মরোং খূনববু 'উঞ্ছ', ফৌ ময়োন থংপবুনা 'শিল' হায়না কৌই। অসিগুম্বা 'উঞ্ছশিল' হায়বা বৃত্তি অসিনা মথৌ ওইনা হিংননবু 'ঋত' হায়না কৌই। নিরুবা তৌদনা ফংলকপনা চাবা অতুনা 'অমৃত বৃত্তি' কৌই ; নিতুনা চাববুনা 'মৃত বৃত্তি' অতুগা লৌ-শীং উতুনা চাববুনা 'প্রমৃত বৃত্তি' কৌই॥ ৫॥

লল্লোন-ইতিক্কী থবক্তা অওইবা, ওইদবা শাজং চংফম থোক-পনা মদূবুনা 'সত্যানৃত' কৌই অতুগা মীগী সেবা তৌতুনা চাবনা 'কুক্কুর বৃত্তি' হূইগী মনাৎ হায়না কৌই। খুদোং থীরক্লবদি 'সত্যা-নৃত' বৃত্তিনা হিংনবা হোৎনগনি অতুমদি ওইরগা শ্ববৃত্তিদি (হূইগী শাজংতি) মতম পূম্নমক্তা থাদোক্কনি॥ ৬॥

চহি অহুম নত্রগা মতুগী মথক ফাওবা পৈতুনা থম্বা ফৌনা থম্নায় হিংনরবদি মদূবু 'কুশূল-ধান্যক' হায়না কৌই। অসুম্না পূন-শিনবা ফৌ-না চহি অমত্তমক চৎনরবদি মদূবুনা 'কুম্ভী-ধান্যক' কৌই। অসুম্না য়ুম্বুনা 'কুশূল-ধান্যক' নত্রগা 'কুম্ভী-ধান্যক' ওইগনি নত্রগা 'ত্র্যৈহিক' হায়বদি মচা-মনাই পূম্নমক্তা লোয়ননা চাবদা তুমিং হুমনিদি লায়না চৎনবা ওক্কদবা অসিগুম্বা মগুঙ্দা ফৌনচিংবা পৈশিনগনি হায়বদি হয়েং (মথংগী তুমিং) ফাওবগী দমক্তদি থক তৌরোইদবনি॥ ৭॥

চতুর্ণামপি চৈতেষাং দ্বিজানাং গৃহমেধিনাম্।
জ্যায়ান্ পরঃ পরো জ্ঞেয়ো ধর্ম্মতো লোকজিত্তমঃ ॥ ৮
ষট্‌কর্ম্মৈকো ভবত্যেষাং ত্রিভিরন্যঃ প্রবর্ত্ততে।
দ্বাভ্যামেকশ্চতুর্থস্তু ব্রহ্মসত্রেণ জীবতি। ৯
বর্ত্তয়ংশ্চ শিলোঞ্ছাভ্যামগ্নিহোত্রপরায়ণঃ।
ইষ্টীঃ পার্ব্বায়ণান্তীয়াঃ কেবলা নির্ব্বপেৎ সদা ॥ ১০

হায়রিবা পুনশিন পৈশিনবা মখল মরি অসিগী মনুংদা অকোন অকোনবগী মপৈশিন অতুগী মওঙ্‌দা পৈশিনবা যুম্নু ব্রাহ্মণ অতুনা অসুম অসুম ফবা হেল্লি হায়বদি 'কুশূল-ধান্যক' দগীদি 'কুম্ভী-ধান্যক' না ফবা হেল্লি অসুন্না মথং মথং ফগৎলক্কনি। মরমদি—শূবা নোম্বা যান্না তৌদনা পূক্লিঙ্‌ ফাতুনা মখোয়না হেজিন্না পাম-শিনবা হাযবতু থক ওইদে ॥ ৮ ॥

ময়াম অসিগী মবক্তা থাক্কদবা মী মশীং যান্না লৈবা মী অদুদি ঋত, অযাচিত, ভৈক্ষ, কৃষি, বানিজ্য অমসুং কুসীদ হায়বদি মথং-শিংনা—অতা-অতু খুনবা, নিকদনা ফংবা, নিবা, লৌউ-শীংউবা, লল্লোন-ইতিক তৌবা, অমদি শেন্দোই চাবা— অসুন্না মওঙ্‌ তরাক-মক অসি তৌতুনা হিংনবা হোৎনবা য়াই। মসিদগী মীশীং হুম্বা মীনা যজমান চাবা, তম্বী-তাকপিবগী থবক তৌবা, দান লৌবা মখল অহুম অসিনা হিংনবা য়াই। থাক্কদবা মীশীংনা অসিদগীসু অমুক হুম্ববদি ওজা ওইবা (লাইরিক-লাইশু তম্বীবা,) যজমান চাবা অনি অসিনা হিংনবা হোৎনগনি। অতুগা খ্বায়দগী হেন্না মীশীং য়ামদবা মী অতুগীদি লাইরিক-লাইশু তম্বীবতনা হিংনগ-দবনি ॥ ৯ ॥

লৌবুক্‌চিংবদগী অতা অতু খুন্দুনা (শিল, উঞ্ছ) চাজবা দ্বিজ অতুদি শেল চঙ্‌বা থবক্না পুণ্য তানবগী মপাংগল লৈজদবনা অগ্নি-হোত্রতদা (মৈদা হোম তৌবগী থবক্তদা, মপূক্লিঙ্‌ হাপ্তুনা পর্ব্বদিন তাবা তাবদা অমদি অয়নান্ত (নিংথম-কালেনগী লোইরক-লোই-

ন লোকবৃত্তং বর্ত্তেত বৃত্তিহেতোঃ কথঞ্চন।
অজিহ্মামশঠাং শুদ্ধাং জীবেদ্ ব্রাহ্মণজীবিকাম্ ॥ ১১
সন্তোষং পরমাস্থায় সুখার্থী সংযতো ভবেৎ।
সন্তোষমূলং হি সুখং দুঃখমূলং বিপর্য্যয়ঃ ॥ ১২
অতোঽন্যতমযা বৃত্ত্যা জীবংস্তু স্নাতকো দ্বিজঃ।
স্বর্গ্যায়ুষ্যযশস্যানি ব্রতানীমানি ধারয়েৎ ॥ ১৩
বেদোদিতং স্বকং কর্ম্ম নিত্যং কুর্য্যাদতন্দ্রিতঃ।
তদ্ধি কুর্ব্বন্ যথাশক্তি প্রাপ্নোতি পরমাংগতিম্ ॥ ১৪

রকপদা ) ওইবা মতম মতমতদা থাশি থানিনগী তৌফম থোকপা যজ্ঞ অতুগী মখৈতা তৌগনি ॥ ১০ ॥

ব্রাহ্মণনা যাগি-ফারাং তৌহুনা মীগী মপূক পেলহল্লগা কৈদৌউদেসু হিংনবা লম্বী থিবোইদবনি। নাপল য়াওদবা অমদি মীনম-শোরিবা লৈতবা, পূকচেল তিংবা, লৌনম-লৌথূপ য়াওদবা, মীগী মমিৎতা উৎ-চাইবা লৈতবা হায়বদি কবিগুম্বা পাপ মচেৎ অমত্তনসু শোকপা ওয়োইদবা অসিগুম্বা শাজৎ-লোনচৎনা ব্রাহ্মণগী হিংননবা লম্বী থিগনি ॥ ১১ ॥

নুংঙাইনিঙ্‌বা মীনা যাম্না পেলহৈবা পূকচেল লোয়ননা মশাগী অমদি ইমুং মন্নুংগী থরায় হিংনবদং অমদি পঞ্চযজ্ঞনচিংবদং তৌবদা কোন্নগদবা অতুগুম্বা লন অতু নত্তনা হেনগৎনা খক তাল্লোইদবনি, মরমদি পেলহৈবনা নুংঙাইবগী হৌফম ন অতুগা পেনবা হৈতবা মতৌনা অরাবগী হেফমনি ॥ ১২ ॥

মথক্তা হায়খ্রবা * শিল, উঞ্ছ ( লৌবুক্তুগী অতাবা মরূনচিংবা খূনবা ) নচিংবা শিনফম কযা অতুগী মনুংদা য়ূম পাল্লিবা দ্বিজশিংনা অপাম্বা শিনফম অমা তৌরনা স্বর্গ অমদি মিংচৎ ফংনবা অমসুং পুন্সী-নুংশাংহন্নবা মখাদা হায়রকলিবা নিয়মশিং অসি পাঙথোক্ক-দবনি ॥ ১৩ ॥

* মৈতৈদা মসিবু চগোংখূনবা, ফুদিং খপ্পা হায়নৈ।

নেহেতোর্থান্ প্রসঙ্গেন ন বিরুদ্ধেন কর্ম্মণা।
ন বিদ্যমানেষ্বর্থেষু নার্ত্ত্যামপি যতস্ততঃ ॥ ১৫
ইন্দ্রিয়ার্থেষু সর্ব্বেষু ন প্রসজ্যেত কামতঃ।
অতিপ্রসক্তিঞ্চৈতেষাং মনসা সন্নিবর্ত্তয়েৎ ॥ ১৬
সর্ব্বান্ পরিত্যজেদর্থান্ স্বাধ্যায়স্য বিরোধিনঃ।
যথা তথাধ্যাপয়ংস্তু সা হ্যস্য কৃতকৃত্যতা ॥ ১৭
বয়সঃ কর্ম্মণোঽর্থস্য শ্রুতস্যাভিজনস্য চ।
বেষবাগ্‌বুদ্ধিসারূপ্যমাচরন্ বিচরেদিহ ॥ ১৮

---

হুমিৎ খুদিঙ্গী অতনবা লৈতনা মাগী মাগী আশ্রমগী নিযম মতুংইন্না বেদ অমসুং স্মৃতিনা হায়বা থবক পূন্নমক তোগনি। অঙম-ঙমদ মতুংইন্না থবক পূন্নমক তাদ্রু তৌববদি দ্বিজশিংনা শিরগা অথোইবা লম্বী চৎলি। অবানবা খুবম ফংই ) ॥ ১৪ ॥

পূং-ঈশৈনচিংবা তৌদুনা নত্রগা যজমান চাহৈদবা মফমদা যাজন-পূজন তৌদুনা অমদি মশাগী মবল লৈনা লৈনা নত্রগা হিংবদা ফনমক য়াম্না ৱারবদসু পতিত ( জাত তাববনচিংবা গী নচিংবা মীগী মফমদগীদি কৈদৌঙৈদসু শেল ফংনবা হোৎনরোইদবনি ॥ ১৫ ॥

ইন্দ্রিতগী পেন্নবা ওইবা ফজবা শক্নচিংববু থোমক ওইনা খক পাম্নরোইদবনি। করিগুম্বা হিরমদা কা হেঞ্জিন্না পামশিল্লক্লবদি পূন্নিঙ্গী পাংগলনা ইন্দ্রিশংবু নমথদুনা থমগদবনি ( খামগদবনি ) ॥ ১৬ ॥

মশাগী লন তান্নবা লম্বীনা মশাগী বেদ তম্বগী লম্বীদা থৎলববদি লন তানবগী পাম্বৈ পূন্নমক অদু থাদোক্কদবনি। স্নাতক ব্রাহ্মণনা ( ব্রহ্মচর্য্য ধর্ম্ম চৎপা লোইদুনা যুম্বানবগী থবক তোরবা ) না মাগী বেদ তম্বগী লম্বীদা অকায়বা পীদবা করিগুম্বা উপায় অমনা ইমুং মনুং থাক্নবা হোৎনবনা মহৈ য়াম্নৈ ॥ ১৭ ॥

মশাগী চহি মতাং, মাগী থবক, মরল, বেদ তম্বগী মগুন অমদি

**বুদ্ধিবৃদ্ধিকরাণ্যাশু ধন্যানি চ হিতানি চ।**
**নিত্যং শাস্ত্রাণ্যবেক্ষেত নিগমাংশ্চৈব বৈদিকান্ ।১৯**
**যথা যথা হি পুরুষঃ শাস্ত্রং সমধিগচ্ছতি।**
**তথা তথা বিজানাতি বিজ্ঞানঞ্চাস্য রোচতে॥ ২০**
**ঋষিযজ্ঞং দেবযজ্ঞং ভুতযজ্ঞঞ্চ সর্ব্বদা।**
**নৃযজ্ঞং পিতৃযজ্ঞঞ্চ যথাশক্তি ন হাপয়েৎ॥ ২১**
**এতানেকে মহাযজ্ঞান্ যজ্ঞশাস্ত্রবিদো জনাঃ।**
**অনীহমানাঃ সততমিন্দ্রিয়েষ্বেব জুহ্বতি॥ ২২**

---

মপা মপুগী বংশ মর্য্যাদা অতুগী মতুংইন্না শেৎপা চাবা তৌহ্না, মতুগী মতিক চাবা য়াহৈ-খোনফম, ঙাঙ্বা-শকপা তৌহ্না অমদি মতুগী মতুংইন্না মপূক্লিঙ্সু থোং মান্নবা থমহুনা মীবমলেন অসিদা চৎথোক-চৎশিন তৌনা পানগনি॥ ১৮ ॥

খূদক্তা হেক্তমক বুদ্ধি চাওখৎহনবা, ব্যাকরণনচিংবা শাস্ত্র অমদি লল তানবগী মরম খঙ্নবা অর্থশাস্ত্র, মীগী কান্নবগী মশক ওইবরা বৈদ্য-শাস্ত্রনচিংবা অমসুং বেদগী অর্থ খঙ্হনবা নিগমনচিংবা ( লম্বী তাকপা ) শাস্ত্রশিং অসি মতম পূম্নমক্তা নৈনহ্না লৈগদবনি ॥ ১৯ ॥

মীওইবনা, মানা মানা হেন্না মপূক্লিঙ্ চঙ্বা শাস্ত্রশিং অহুনা কেন্না হেন্না খঙ্বা ঙম্মী অমসুং মহুগী মতেংনা অতোপ্পা শাস্ত্রদসু মাগী জ্ঞান অহু অহুম্মক ঙানথোকলুবা ঙম্মী॥ ২০ ॥

ঋষি-যজ্ঞ হায়বদি বেদ তম্বা, দৈব-যজ্ঞ হায়বদি হোম তৌবা, ভূত-যজ্ঞ হায়বদি শা-উচেক্কচিংবগী চীঞ্জাক হুনবীবা, মনুষ্যযজ্ঞ হায়-বদি অতিথি সেবা তৌবা অমসুং পিতৃযজ্ঞ হায়বদি শ্রাদ্ধনচিংবা—অসিগুম্বা যজ্ঞ মখল মঙা অসিদি ঙমলিবমখৈ তৌগদবনি॥ ২১ ॥

মনুং মপাল অনিমক্কী যজ্ঞ মশক খঙ্বা কনা কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা মপানগী ওইবা থবক অমত্তা তৌদনা জ্ঞানেন্দ্রিয়

**বাচ্যেকে জুহ্বতি প্রাণং প্রাণে বাচঞ্চ সর্ব্বদা।**
**বাচি প্রাণে চ পশ্যন্তো যজ্ঞনির্ব্বৃত্তিমক্ষয়াম্ ॥ ২৩**
**জ্ঞানেনৈবাপরে বিপ্রা যজন্ত্যেতৈর্মখৈঃ সদা।**
**জ্ঞানমূলাং ক্রিয়ামেষাং পশ্যন্তো জ্ঞানচক্ষুষা ॥ ২৪**
**অগ্নিহোত্রঞ্চ জুহুয়াদাদ্যন্তে দ্যুনিশোঃ সদা।**
**দর্শেন চার্দ্ধমাসান্তে পৌর্ণমাসেন চৈব হি ॥ ২৫**

---

মঙামকপু বিষযগী অপাম্বদগী ককথত্তূনা অসিগুম্বা পঞ্চ-মহাযজ্ঞ অসি তৌনৈ ॥ ২২ ॥

রাহৈ-খোনফম অমদি থন্নায় পুবা হুংশিং ( প্রাণবায়ু ) অনি অসিগী যজ্ঞ তৌববদি অমাঙ্-অতা লৈতবা ফল ফংই হায়বা খঙ্বা কনা কনাগুম্বা তত্ত্ব খঙ্বা যূম পাল্লিবা মীনা মাগী রাহৈ-খোনফমদা প্রাণবায়ু, অতুগা প্রাণবায়ুদনা রাহৈ-রাতা হাপচিন্নৈ—হায়বদি মতম পূম্নমক্তা ধ্যান ধারণানা মবম ওইতুনা পূক্নিঙ্ অনি লোঙ্দনবা হোৎনবনা মসিগী অশেংবা মবমনি ॥ ২৩ ॥

ব্রহ্ম খঙ্বা অতোপ্পা গৃহস্থ ব্রাহ্মণনা উপনিষৎকী মশক ওইবা জ্ঞান-চক্ষু ( জ্ঞানগী মিৎযেং ) না "জ্ঞান হায়বসিনা যজ্ঞ পূম্নমক্কী হৌফমনি" হায়বা খঙ্তুনা ব্রহ্মজ্ঞানতনা অতৎপা লৈতনা যজ্ঞ পূম্নমক অসি পাঙ্থোকনৈ ॥ ২৪ ॥

উদিত-হোম তৌবশিংনা অযুক হুমিদাং হৌগৎলকপদা, অনুদিত হোম তৌবশিংনা অয়ূক অমসুং হুমিদাংগী মমৈদা নত্রগা উদিত ( প্রকাশিত ) হোম তৌবশিংনা অয়ুক ( অঙানবা মতম ) গী অহানবা অমসুং অরোইবদা অতুগা অনুদিত ( অপ্রকাশিত ) হোম তৌবশিংনা অহিংগী অহানবা অমসুং অরোইবা শরক্তা মতম পুম্নমক্তা 'অগ্নিহোত্র' কৌবা যজ্ঞ অতু তৌগনি। অমাবস্যাদা দর্শযাগ অতুগা পূর্ণিমাদনা পৌর্ণমাস হায়না কৌবা যাগ অতু তৌগনি ॥ ২৫ ॥

শস্যান্তে নবশস্যেষ্ট্যা তথর্ত্বন্তে দ্বিজোঽধ্বরৈঃ।
পশুনা ত্বয়নস্যাদৌ সমান্তে সৌমিকৈর্মখৈঃ ॥ ২৬
নানিষ্ট্বা নবশস্যেষ্ট্যা পশুনা চাগ্নিমান্ দ্বিজঃ।
নবান্নমদ্যান্মাংসং বা দীর্ঘমায়ুর্জিজীবিষুঃ ॥ ২৭
নবেনানর্চ্চিতা হ্যস্য পশুহব্যেন চাগ্নয়ঃ।
প্রাণানেবাত্তুমিচ্ছন্তি নবান্নামিষগর্দ্ধিনঃ ॥ ২৮
আসনাশনশয্যাভি রদ্ভির্মূলফলেন বা।
নাস্য কশ্চিদ্বসেদ্গেহেশক্তিতোঽনর্চ্চিতোঽতিথি ॥ ২৯
পাষণ্ডিনো বিকর্ম্মস্থান্ বৈড়ালব্রতিকান্ শঠান্।
হৈতুকান্ বকবৃত্তীংশ্চ বাঙ্মাত্রেণাপি নার্চ্চয়েৎ ॥ ৩০

---

ফৌনচিংবা অনৌবা মহৈ-মবোং লোক্কবা মতমদা ব্রাহ্মণনা 'আগ্রয়ণ' কৌবা যাগ তৌগনি , থা ৪ । ৪ গী মতুংদা ঋতু লোই-রকপদা 'চাতুর্ম্মাস্য' হায়না কৌবা যাগ, উত্তরায়ণ অমসুং দক্ষিণায়ণ ( কালেন নিংথম ) হৌগৎলকপদা 'পশুবন্ধ' কৌবা যাগ, অদুগা চহি মপুং ফারগনা সোমরসনা 'অগ্নিষ্টোম' হাযবনচিংবা যাগ অদু তৌগনি ॥ ২৬ ॥

সাগ্নিক ওইবা ( মৈদা হোমনচিংবা তৌবা, মৈ মুৎহন্দবা ) ব্রাহ্মণনা পুন্নানিঙ্লবদি 'আগ্রয়ণ' কৌবা যাগ তৌদনা নবান্ন ( চনৌ চাবমদাইদা তৌগদবা থব্ক অমা ), অদুগা পশুযাগ তৌদনা শা-ভানচিংবা থক চারোইদবনি ॥ ২৭ ॥

মতৌ অসুম্না সাগ্নিক দ্বিজনা চনৌ অমসুং শা-অশেন্বনা মৈগী পূজা কঙ্গবদি, মৈ কৌবা লাইনা চনৌ অমসুং শা-ভা চানিঙ্বা ব্রাহ্মণ অদুগী মথৱায় চুপ্কে হাযনা খল্লি ॥ ২৮ ॥

মানা মানা ভমজবা মতুংইন্না ফম্নবা ফিদা, চান-থক্নবা, হিপ্নবা অসিনচিংবা পোৎলমনা ঙমদি উহৈ রাহৈনা পূজা তৌদ্রবা অদুগুম্বা করিগুম্বা য়ূম অমত্তদম্ম অতিথি অমত্তনা থক তূংলোইদবনি ॥ ২৯ ॥

বেদনা য়াদবা ব্রত তৌবা মী, তৌহৈদবা শিনফম পায়বা মী,

বেদবিদ্যাব্রতস্নাতান্ শ্রোত্রিয়ান্ গৃহমেধিনঃ।
পূজয়েদ্ধব্যকব্যেন বীপরীতাংশ্চ বর্জ্জয়েৎ ॥ ৩১
শক্তিতোঽপচমানেভ্যো দাতব্যং গৃহমেধিনা।
সংবিভাগশ্চ ভূতেভ্যঃ কর্ত্তব্যোঽনুপরোধতঃ ॥ ৩২
রাজতো ধনমন্বিচ্ছেৎ সংসীদন্ স্নাতকঃ ক্ষুধা।
যাজ্যান্তেবাসিনোর্ব্বাপি ন ত্বন্যত ইতি স্থিতিঃ ॥ ৩৩

---

ব্রত তৌবা শাশিন্নবা ( বিরাল ব্রতী ) মী, বেদবু থ'জদবা মী, বেদবু নিন্দা তৌবা ( বেদ বিরুদ্ধ ওইবা ) তার্কিক অমসুং বকব্রতী ( তাৎ তৌদুনা মমিৎ-মনা তুশিন্নদুনা ওইজবা তানবা )—মখোয়শিং অসিদি মতম চপ চাবদা থুংলরবসু চুন্নগী নিঙ্থিবা রাহৈতনসু খক লুনা তৌরোইদবনি অদুমদি ওইরগা শক্তি লৈবা মীওইনা মখোয়বু চাক পীজখিবগীদি অথিংবা লৈতে ॥ ৩০ ॥

বিদ্যাস্নাতক ( বেদ তম্বা লোইদুনা যুম্বানবগী থবক্তা খোঙ-দারবা মী ), ব্রত-স্নাতক ( হৌনবী ব্রত তৌদুনা বেদ তম্লবা ), অমসুং বিদ্যাব্রতস্নাতক ( অনিমক লোইদুনা হল্লক্লবা ) ওইবা যুম্বানবা বেদ শুনা হৈরবশিং অদুবু হব্যনচিংবনা পূজা কৎকনি অদুগা মসিগী ওন্ন-তৈনবা চৎপা মীশিং অদুবুদি থাদোক্কনি ॥ ৩১ ॥

মশানা থোংবা-থাকপা তৌজদবা ব্রহ্মচারীনচিংববুদি যুম্বুশিংনা অঙম অঙম্বা তৌদুনা পীজ-পীথক্কনি অদুগা মচা-মনাইনচিংবা মানা য়োকলিবা মীশিংগীদমক রাত্তনবা থাক্লগা অতৈনা পাষণ্ডী বেদ থাজদবা ( আচার লৈত্রবা কাঙ্বু ) নচিংবা থরায় পানবা পুম্নমক্তা য়েম্থোক্তূনা পীগনি ॥ ৩২ ॥

স্নাতক ব্রাহ্মণনা চানবা রাৎলক্লবদি ক্ষেত্রি নিংথৌদগী শেল নিগনি নত্রগা ব্রাহ্মণনচিংবা যজমান অমদি শিষ্যশিংদগী অহানবদা শেলগী মতেং নিগনি ; অদুগা অতোপ্পগী মকাদগীদি নিফরোই—মসি শাস্ত্রগী মতনি ॥ ৩৩ ॥

ন সীদেৎ স্নাতকো বিপ্রঃ ক্ষুধাশক্তঃ কথঞ্চন।
ন জীর্ণমলবদ্বাসা ভবেচ্চ বিভবে সতি ॥ ৩৪
কৢপ্তকেশনখশ্মশ্রুর্দান্তঃ শুক্লাম্বরঃ শুচিঃ।
স্বাধ্যায়ে চৈব যুক্তঃ স্যান্নিত্যমাত্মহিতেষু চ ॥ ৩৫
বৈণবীং ধারয়েদ্যষ্টিং সোদকঞ্চ কমণ্ডলুম্।
যজ্ঞোপবীতং বেদঞ্চ শুভে রৌক্মে চ কুণ্ডলে ॥ ৩৬
নেক্ষেতোদ্যন্তমাদিত্যং নাস্তং যান্তং কদাচন।
নোপসৃষ্টং ন বারিস্থং ন মধ্যং নভসো গতম্ ॥ ৩৭
ন লঙ্ঘয়েদ্বৎসতন্ত্রীং ন প্রধাবেচ্চ বর্ষতি।
ন চোদকে নিরীক্ষেত স্বং রূপমিতি ধারণা। ৩৮

---

মশাগী শক্তি ( মপাংগল ) লৈরিবঙদা স্নাতক ব্রাহ্মণনা করি-গুম্বদসু চাবা ফংদবনা রাবা তৌরোইদবনি নত্রগা মতিক লৈনা লৈনা অমনবা অমোৎপা ফি শেৎলোইদবনি ॥ ৩৪ ॥

স্নাতক ব্রাহ্মণনা মশম মনা, খূজিন-খূয়া অমদি মকোই ককথৎকদবনি, তপ তৌবগী অরাবা খিবীক খাঙ্ হৈগদবনি, ফিঙৌ শেৎ-ইনগদবনি, মুং-পান অনিমক শেংনা লৈগদবনি; মুমিৎ থূদিঙ্গী বেদবু তত্তনা নৈনগদবনি অমসুং মশাগী কান্নবা চেকশিন্না হোৎনগদবনি ॥ ৩৫ ॥

স্নাতক-গৃহস্থ-ব্রাহ্মণনা রাগী চৈগু, ঈশিং অথনবা কমণ্ডলু ( উগী খুজাই মখল অমা ) নগুণ, কুশ মনা মপুন অমসুং পূক্লিঙ্ হুরবা সনাগী কুণ্ডল (নাইন) অনি—হায়রিবশিংসি শাগোন্নগদবনি ॥ ৩৬ ॥

ছন্দোরকপা মতমগী অমদি তারমদাইগী মুমিৎ, গ্রহণ তৌরবা মতমগী মুমিৎ, ঈশিংদা তাবা মুমিৎকী মমি নত্রগা মুমিৎ য়ুংবা মতমগী মুমিৎ—অসিগুম্বা ফিবমদদি থক মুমিৎ মশক য়েংলোই-দবনি ॥ ৩৭ ॥

ময়াউ পুনবগী থৌরী থক কাল্লোইদবনি, নোংলক্তা চৎলোই-

মৃদং গাং দৈবতং বিপ্রং ঘৃতং মধু চতুষ্পথম্।
প্রদক্ষিণানি কুর্বীত প্রজ্ঞাতাংশ্চ বনস্পতীন্ ॥ ৩৯
নোপগচ্ছেৎ প্রমত্তোঽপি স্ত্রিয়মার্ত্তবদর্শনে।
সমানশয়নে চৈব ন শয়ীত তয়া সহ ॥ ৪০
রজসাভিপ্লুতাং নারীং নরস্য হ্যুপগচ্ছতঃ।
প্রজ্ঞা তেজো বলং চক্ষুরায়ুশ্চৈব প্রহীয়তে ॥ ৪১
তাং বিবর্জ্জয়তস্তস্য রজসা সমভিপ্লুতাম্।
প্রজ্ঞা তেজো বলং চক্ষুরায়ুশ্চৈব প্রবর্দ্ধতে ॥ ৪২
নাশ্নীয়াদ্ভার্য্যয়া সার্দ্ধং নৈনামীক্ষেত চাশ্নতীম্।
ক্ষুবতীং জৃম্ভমাণাং বা ন চাসীনাং যথাসুখম্ ॥ ৪৩

---

দবনি অতুগা ঈশিংদা তাবা মশাগী মমি য়েংলোইদবনি—অসুম্না শাস্ত্রনা লেপ্লম্মী ॥ ৩৮ ॥

লম্বী অসুম চংলকপদা থেংনবা লৈপুং, ষণ, লাইগী মন্দির, ঘি, খোইহী, লমলোঙ্-মবি ফাংবা-লম্ফাং, অমসুং অরাংবা উপাল—মখোয় অসিবু যেৎওইননা থমতুনা চংকনি ॥ ৩৯ ॥

কামনা খাঙ্‌ঙমদতুনসু হুমিৎ থা মশক উবা য়াদবগী অথিংবা হুমিৎ হুমনি অতুদা খক নূপী মশক য়েংফদে, অমদি মাগা লোয়ননা ফম্মুং অমত্তদা হিপমিন্নফদে ॥ ৪০ ॥

শোক্ল-পন্ন য়াদ্রিবী অসিগুম্বী নূপীদা যেংলুবা মী অতুদি মাগী বুদ্ধি লৌশিং, মতিক-মযাই, মপাংগল, মপুন্সী অমদি মমিৎকী মিৎয়েং মাঙ্‌শিল্লকই ॥ ৪১ ॥

অতুগা মশা শেংদ্রিবী নূপীদা য়েংদবা ঙম্বা নিপা অতুদি মাগী মবুদ্ধি, মতিক-মগুণ, মপাংগল, মমিৎ অমসুং মপুন্সী হেনগৎহল্লি ॥ ৪২ ॥

মশাগী নূপীগা খক পূন্না চামিন্নরোইদবনি অমদি মাগী নূপীনা চাজ-থকচবা মতমদা খক মাবু য়েংলোইদবনি নত্রগা নূপী অতুনা হাক্থী থনবা, হকাম চনবা অমদি মফি-মরোল চেকশিন্দনা ফুংঙাইনা লৈজরিভৈদা মাবু খক য়েংলোইদবনি ॥ ৪৩ ॥

নাঞ্জয়ন্তীং স্বকে নেত্রে ন চাভ্যক্তামনাবৃতাম্।
ন পশ্যেৎ প্রসবন্তীঞ্চ তেজস্কামো দ্বিজোত্তমঃ॥ ৪৪
নান্নমদ্যাদেকবাসা ন নগ্নঃ স্নানমাচরেৎ।
ন মূত্রং পথি কুর্ব্বীত ন ভস্মনি ন গোব্রজে। ৪৫
ন ফালকৃষ্টে ন জলে ন চিত্যাং ন চ পর্ব্বতে।
ন জীর্ণদেবায়তনে ন বল্মীকে কদাচন॥ ৪৬
ন সসত্ত্বেষু গর্ত্তেষু ন গচ্ছন্নাপি চ স্থিতঃ।
ন নদীতীরমাসাদ্য ন চ পর্ব্বতমস্তকে॥ ৪৭
বায়্বগ্নিবিপ্রমাদিত্যমপঃ পশ্যংস্তথৈব গাঃ।
ন কদাচন কুর্ব্বীত বিণ্মূত্রস্য বিসর্জ্জনম্॥ ৪৮
তিরস্কৃত্যোচ্চরেৎ কাষ্ঠলোষ্ট্রপত্রতৃণাদিনা।
নিয়ম্য প্রযতো বাচং সংবীতাঙ্গোঽবগুণ্ঠিতঃ॥ ৪৯

---

মমিংতা কাঁজল থাবা মতমদা অমদি মফি য়াওদনা মশাদা থাউ তৈবিডৈদা নত্রগা মচা পোকলিডৈদা—মওঙ্শিং অসিদদি মতিক-ময়াই চাউনিঙবা ব্রাহ্মণনা মাগী নূপীবু খক যেংলোইদবনি॥ ৪৪॥

ফি অমত্তা শেত্তনা চাফবোই, ফি শেত্তনা ঈকজফরোই, লম্বীদা, উৎ মথক্তা নত্রগা যণগোন্দা খক অমাং-অশোয় তৌশিল্লোই-দবনি॥ ৪৫॥

লাঙ্গলনা যোৎলম ফাৎলবা লৌবূক্তা (খোইদোক্লবা লৌবূক্তা) ঈশিংদা, মোংফমদা, চীংথক্তা, লাইশঙ্ অমনবদা নত্রগা লৈশৌবুং মথক্তা কৈদৌঙৈদস্নু অমাং অশোয় তৌশিনফদে॥ ৪৬॥

লিন্নচিংবগী মখূন্দা, চৎনা চৎনা, লেপ্না লেপ্না, তোর্বান্দা অমদি চীংদোন্দা খক অমাং-অশোয তৌফদে॥ ৪৭॥

মৈ, নুংশিৎ, ব্রাহ্মণ, নুমিৎ, ঈশিং অমসুং যণ—পুন্নমক অসিবু য়েংনা য়েংনা খক অমাঙ্-অশোয় তৌফদে॥ ৪৮॥

উ মচেৎ, লৈপাক, উনা-রানা নত্রগা নাপীনা লৈবাক মথক্তা

মূত্রোচ্চারসমুৎসর্গং দিবা কুর্য্যাদুদঙ্মুখঃ।
দক্ষিণাভিমুখো রাত্রৌ সন্ধ্যয়োশ্চ যথা দিবা ॥ ৫০
ছায়ায়ামন্ধকারে বা রাত্রাবহনি বা দ্বিজঃ।
যথাসুখমুখঃ কুর্য্যাৎ প্রাণবাধভয়েষু চ ॥ ৫১
প্রত্যগ্নিং প্রতিসূর্য্যঞ্চ প্রতিসোমোদকদ্বিজান্।
প্রতিগাং প্রতিবাতঞ্চ প্রজ্ঞা নশ্যতি মেহতঃ ॥ ৫২
নাগ্নিং মুখেনোপধমেন্নগ্নাং নেক্ষেত চ স্ত্রিয়ম্।
নামেধ্যং প্রক্ষিপেদগ্নৌ ন চ পাদৌ প্রতাপয়েৎ ॥ ৫৩
অধস্তান্নোপদধ্যাচ্চ ন চৈনমভিলঙ্ঘয়েৎ।
ন চৈনং পাদতঃ কুর্য্যান্ন প্রাণবাধমাচরেৎ ॥ ৫৪

থারগা হকচাংগা লোয়ননা ফিনা কোক খুমজিল্লগা মায়দং ফাত্তোক্তনা রা ঙাঙদনা অমাং-অশোয় তৌগনি ( মনুং চঙ্গনি, মপাল থোক্কনি ) ॥ ৭৯ ॥

অয়ূক নুংথিল্লা অরাং ওন্না অমসুং অহিংদনা মায় মখা ওন্না অতুগা অমম-অঙান শিন্নবা মতম অনিরক্তনা অযূক নুংথিলগুন্না অরাং ওন্না মাংবা-শোয়বা তৌগনি ॥ ৫০ ॥

অহিং নুংথিল অনিমক্তা উগী উরুমদা নত্রগা অমম্বদা মায়কৈ খঙ্দ্রবদা নত্রগা কৈ-নচিংবা লমলক্কী শানা শোক্কনি হায়বগী অকিবা লৈবা মফমদদি অপাম্বা মায়কৈদা ওন্দুনা মাংবা-শোয়বা তৌগনি ॥ ৫১ ॥

মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, নুমিৎ থা, ষণ-ব্রাহ্মণ, মখোয় অসিবু মাঙদা থম্নগা মাংবা-শোয়বা তৌরবদি মী অতুগী মবুদ্ধি ময়েং তাই, মরম অতুনা মতু খক তৌফদে ॥ ৫২ ॥

চীন্না কামতুনা মৈ হোৌগৎফদে, লৈপুন মতম নত্তনা নূপীবু মফি য়াওদনা য়েংফদে, মৈদা অমাংবা পোৎ লংশিন্দুনা থা-ফদে অতুগা মৈদা-খোঙ্ ওনশিন্দুনা য়াইফদে ॥ ৫৩ ॥

ফম্মুং মথাদা ( কাংথোন মথাদা ) মৈ য়াওবা মৈফুনচিংবা

নাশ্নীয়াৎ সন্ধিবেলায়াং ন গচ্ছেন্নাপি সংবিশেৎ।
ন চৈব প্রলিখেদ্ভূমিং নাত্মনোপহরেৎ স্রজম্ ॥ ৫৫
নাপ্সু মূত্রং পুরীষং বা ষ্ঠীবনং বা সমুৎসৃজেৎ।
অমেধ্যলিপ্তমন্যদ্বা লোহিতং বা বিষাণি বা ॥ ৫৬
নৈকঃ স্বপ্যাৎ শূন্যগেহে শ্রেয়াংসং ন প্রবোধয়েৎ।
নোদক্যয়াভিভাষেত যজ্ঞং গচ্ছেন্ন চাবৃতঃ ॥ ৫৭
অগ্ন্যাগারে গবাং গোষ্ঠে ব্রাহ্মণানাঞ্চ সন্নিধৌ।
স্বাধ্যায়ে ভোজনে চৈব দক্ষিণং পাণিমুদ্ধরেৎ ॥ ৫৮
ন বারয়েদ্গাং ধয়ন্তীং ন চাচক্ষীত কস্যচিৎ।
ন দিবীন্দ্রায়ুধং দৃষ্ট্বা কস্যচিদ্দর্শয়েদ্ বুধঃ ॥ ৫৯

---

থম্ফদে, মৈবু কানথোকক্কদে ; খুয়ারোমদা মৈ থম্ফদে, অতুগা থরায়দা চৈনা-ফংহনবা করিগুম্বা থবক তৌফদে ॥ ৫৪ ॥

য়াচঙ্বা মতমদা চাবা-থকপা তৌহেদে, মতম অসিদা খুংগঙ্ লান্না চৎথোকফদে অমসুং তুম্বা হিপ্পা তৌফদে। লৈমায়দা খোরি খোৎফদে, ঙক্তা শিবা লেপরেং মথন্তা লৌথোকচফদে ॥ ৫৫ ॥

ঈশিংদা অমাং-অশোয় তৌশিনফদে, লোক-তিন শিৎচিনফদে, অমাং-অশোয় পকপা পোৎ ঈশিংদা চামশিনফদে নত্রগা ঈশিংদা ঈ নত্রগা হূ থক থাদরুফদে ॥ ৫৬ ॥

অচীকপা য়ুমদা মথন্তা তুম্ফদে, মহৈ-মশিন হৈবা হেনখিবা অমদি চহি হনখিবা মীওইবু তুম্বদগী হৌদোকলুফদে, হুমিৎ-থা মশক উবা য়াদ্রিবী নুপীগা ওনশিন্নহুনা ৱা-লান ঙাঙ্নরুফদে, অতুগা বার্ত্তোন ফংদনা মীগী যজ্ঞদা থক চংলুফদে ॥ ৫৭ ॥

মৈ হৌফমদা, ষণগোন্দা, ব্রাহ্মণ ঙাক্তা পুম্না লৈবা মফমদা, বেদ তম্বা মতমদা অমদি চাকচা-হৈজ্রাবা মতমদা য়েৎকী পাম্বোম অসি ফিহুংদগী মপান্দা পুথোক্কুনা থমগনি ॥ ৫৮ ॥

মনবী অমোমনা ঈশিং নত্রগা শংগোম থকলিঙৈদা থিংলোইদবনি নত্রগা ঈশিং নত্রগা শংগোম থকচরিবহু অতোপ্পা মীদা

না ধার্ম্মিকে বসেদ্গ্রামে ব্যাধিবহুলে ভৃশম্।
নৈকঃ প্রপদ্যেতাধ্বানং ন চিরং পর্ব্বতে বসেৎ ॥ ৬০
ন শূদ্ররাজ্যে নিবসেন্নাধার্ম্মিকজনাবৃতে।
ন পাষণ্ডিগণাক্রান্তে নোপসৃষ্টেঽন্ত্যজৈর্নৃভিঃ ॥ ৬১
ন ভুঞ্জীতোদ্ধৃতস্নেহং নাতিসৌহিত্যমাচরেৎ।
নাতিপ্রগে নাতিসায়ং ন সায়ং প্রাতরাশিতঃ ॥ ৬২
ন কুর্ব্বীত বৃথা চেষ্টাং ন বার্য্যঞ্জলিনা পিবেৎ।
নোৎসঙ্গে ভক্ষয়েদ্ভক্ষ্যান্ন জাতু স্যাৎ কুতূহলী ॥ ৬৩

---

তাকতূনা থক খঙ্ হল্লোইদবনি অত্থগা আতিয়াদা চূমথাঙ্ খানবা উরগা অশিংবা মীনদি অতোপ্পবু উত্তূনা তাকলোইদবনি ॥ ৫৯ ॥

ধর্ম্ম লৈতবা মীতনা নম্না লৈবা খুল অত্থদা লৈরোইদবনি; লায়থুং য়াম্না লৈবা মফমদা মতম কুইথনা অসুম লৈরোইদবনি; অরাপ্পা লংফৈদা ইথন্তা থক চৎলোইদবনি অত্থগা চীংথক্তা কুইনা থক লৈরোইদবনি ॥ ৬০ ॥

শূদ্রনা নিংথৌ ওইবা লৈবাক্তা, ধর্ম্ম লৈতবা মীনা য়াম্বা লৈবাক্তা, বেদ মানিদবা ( পাষণ্ডী ) শিংনা পানবা লৈবাক্তা, অমদি চণ্ডালনচিংবা অতোনবা জাতিশিংনা ওৎ-নৈরবা লৈবাক্তা থক লৈরুফদে ॥ ৬১ ॥

মরেক-মহাউ লৌথোকখ্রবা পোৎ পূন্নমক অমত্তা চারোই-দবনি, হুমিৎ থোকপা তাবা মতমদা চারোইদবনি, কা হেন্নসু থক চাশিনফদে, চাবগী অকক্লবা মতম্মক্তদসু হেক্কিন্নদি থক চাফদে অত্থগা অয়ুক্কী চাকলেন্দা হেন্না চাশিনখ্রবদি হুমিদাংদা অমুক চাশিনলোইদবনি ॥ ৬২ ॥

লাইরমলেন মীরমলেন অনিমক্তা করিগুম্বা মহৈ অমত্তসু ফংনিংঙাই লৈত্রবা অত্থগুম্বা অরেম্বা থবক্তি থক তৌরোইদবনি, খুজোক্তা ঈশিং থকফদে, ফৈরুদা পোৎ থাংগত্তূনা চাফদে অত্থগা কান্নদবদা মীঙোন্দা রা হংগে খনফদে ॥ ৬৩ ॥

ন নৃত্যেদথবা গায়েন্ন বাদিত্রাণি বাদয়েৎ।
নাস্ফোটয়েন্ন চ ক্ষ্বেড়েন্নচ রক্তো বিরাবয়েৎ॥ ৬৪
ন পাদৌ ধাবয়েৎ কাংস্যে কদাচিদপি ভাজনে।
ন ভিন্নভাণ্ডে ভুঞ্জীত ন ভাবপ্রতিদূষিতে॥ ৬৫
উপানহৌ চ বাসশ্চ ধৃতমন্যৈর্নধারয়েৎ।
উপবীতমলঙ্কারং স্রজং করকমেব চ॥ ৬৬
নাবিনীতৈর্ব্রজেদ্ ধুর্য্যৈর্ন চ ক্ষুদ্ব্যাধিপীড়িতৈঃ।
ন ভিন্নশৃঙ্গাক্ষিখুরৈর্ন বালধিবিরূপিতৈঃ॥ ৬৭
বিনীতৈস্তু ব্রজেন্নিত্যমাশুগৈর্লক্ষণান্বিতৈঃ।
বর্ণরূপোপসম্পন্নৈঃ প্রতোদেনাতুদন্ ভৃশম্॥ ৬৮

---

শাস্ত্রনা য়াদবা পূং-ঈশৈ-জগোই তৌফদে, পাখোম মরুমদা (শেগ্রাক মনুংদা) খূবাক্লা থক মখোল থোক্ল ফূফদে, মিংকূপ খূদিঙ্গী য়া চীক্ত্না মখোল থোকহনফদে নত্রগা গাধাগুম্না থক খেকপা-লাউবা তৌফদে॥ ৬৪॥

শেঙ্গেংগী পাত্রদা কৈদৌঙৈদসু খোঙ্ হামফদে, পূখম তেংকোৎ অকায়বদা চাহৈ-থকহৈদে, পূক্নিঙ্না হংগোইবা পাত্রদা চাবা-থকপা তৌফদে॥ ৬৫॥

মীনা শীজিন্নরবা শউন-খোঙ্উপ, নগুণ, ফিজেৎ-লৈতেং, লৈপরেং অমসুং কমণ্ডলু—পূম্নমক অসি শীজিন্নফদে॥ ৬৬॥

লাক্ত্রিবা (তম্বীদ্রিবা), মপূক লাম্লবা অমদি লায়থুং পক্লবা, মচী তেকপা, মমিৎ কোৎথোকখ্রবা, লোঙ্খুম হুক্তোকখ্রবা অমদি মমৈ তৎলবা—অসিগুম্বা শগোল, শামুনচিংবদা তোংদুনা থক চৎলোইদবনি॥ ৬৭॥

নিঙ্থিনা লাক্লবা, মওঙ্-মতৌ ফজবা, মখোঙ্ য়াঙ্বা, মচু ফজবা, ফিবম নিঙ্থিবা অসিগুম্বা শগোলনচিংবদা তোংদুনা চৎকনি অদুগা মখোয়বু শাজেনা ফুবিদুনা থক হেক্ষিন্না নাহল্লোইদবনি॥ ৬৮॥

বালাতপঃ প্রেতধূমো বর্জ্জ্যং ভিন্নং তথাসনম্।
ন ছিন্দ্যান্নখলোমানি দন্তৈর্নোৎপাটয়েন্নখান্ ॥ ৬৯
ন মৃল্লোষ্টঞ্চ মৃদ্নীয়ান্ন ছিন্দ্যাৎ করজৈস্তৃণম্।
ন কর্ম্ম নিষ্ফলং কুর্য্যান্নায়ত্যামসুখোদয়ম্ ॥ ৭০
লোষ্টমর্দ্দী তৃণচ্ছেদী নখখাদী চ যো নরঃ।
স বিনাশং ব্রজত্যাশু সূচকোঽশুচিরেব চ ॥ ৭১
ন বিগৃহ্য কথাং কুর্য্যাদ্বহির্মাল্যং নঃ ধারয়েৎ।
গবাঞ্চ যানং পৃষ্ঠেন সর্ব্বথৈব বিগর্হিতম্। ৭২

থোকপদা ঙাযরিবা নুমিৎকী মৈশা, মী অশিবা পোৎলোইবগী মৈথু অমদি অতেকপা-অকায়বা নত্রগা শেগায়রবা ফিদানচিংবা —মখোয অসি থাদোক্কদবনি। খূজীন-খূয়া নত্রগা হুকচাংগী তু-নচিংবা হেন্না শাংদ্রবদি ককথৎলোইদবনি অত্থগা য়ানা খক খূজীন চীকথৎলোইদবনি ॥ ৬৯ ॥

মবম লৈতনা লৈখোম নত্রগা লৈতুম নোইখাযরোইদবনি, খূজীন্না নাপী থৎলোইদবনি, কান্নদবা থবক অমত্তা তৌবোইদবনি অত্থগা তুংদা নুংঙাইবক্লোইদবা ( নিংঙম্লক্লোইদবা ) থবকসু খক তৌরোইদবনি ॥ ৭০ ॥

মরম লৈতনা লৈপাক নোইখায়বা, নাপী থদৎপা, য়ানা খূজীন চীকথৎপা, লোনম চাউবা অমদি মীবু নিন্দা তৌবা নত্রগা মশা মন্নুং অমগুং মপান অনিমক শেংদবা—অসিগুম্বা মীশক্তি মরল-মথুমগা লোয়ননা থুনমক মাঙ্‌ই ॥ ৭১ ॥

শাস্ত্র নত্রগা মীবোনগী রা অমত্তসু শেল থানত্থনা অরেপ্পা ওইনা খক হায়বোইদবনি, শমগী রাংমদা লৈপবেং শিরোইদবনি, ষণগী মনমগন্দা খক তোংলোইদবনি অত্থগা ষণগাড়ীদদি তোংবা য়াই—মনমদা তোংবা য়াদবগী ভাবতি মসিনি ॥ ৭২ ॥

চেকপন্নচিংবনা কোয়শিনবা খুল নত্রগা যূমদা অফোংবা হোজঙ থোঙদা নত্তনা অতোপ্পা মফম অমদগী চঙ্‌বা তৌফরোই;

অদ্বারেণ চ নাতীয়াদ্‌গ্রামং বা বেশ্ম বাবৃতম্‌।
রাত্রৌ চ বৃক্ষমূলানি দূরতঃ পরিবর্জ্জয়েৎ ॥ ৭৩
নাক্ষৈঃ ক্রীড়েৎ কদাচিত্তু স্বয়ং নোপানহৌ হরেৎ।
শয়নস্থো ন ভুঞ্জীত ন পাণিস্থং ন চাসনে ॥ ৭৪
সর্ব্বঞ্চ তিলসম্বন্ধং নাদ্যাদস্তমিতে রবৌ।
ন চ নগ্নঃ শয়ীতেহ ন চোচ্ছিষ্টঃ কচিদ্‌ব্রজেৎ ॥ ৭৫
আর্দ্রপাদস্তু ভুঞ্জীত নার্দ্রপাদস্তু সংবিশেৎ।
আর্দ্রপাদস্তু ভুঞ্জানো দীর্ঘমায়ুরবাপ্নুয়াৎ ॥ ৭৬
অচক্ষুর্বিষয়ং দুর্গং ন প্রপদ্যেত কর্হিচিৎ।
ন বিণ্মূত্রমুদীক্ষেত ন বাহুভ্যাং নদীং তরেৎ ॥ ৭৭

---

অহিংদা উখোঙ্‌ চঙ্‌ফদে হাযরদি উথাদা নৈবা নত্রগা উখাদা হংগং-হন্দা চংথোক-চংশিন তৌবা যাদে ॥ ৭৩ ॥

শেল থানবতস্থু নত্তে—চুম্নগী ফাগি ওইনমকস্থু চৌবরনচিংবা (জুয়ার) থক শান্নরোইদবনি, উপ্পনববা খোঙ্‌উপ-খুরুম খূৎতা পায়-হুনা চংফদে, ফম্মুং মথক্তা হিপ্না তিপ্না চাফদে, খূবাক্তা, খূজোক্তা চাক-ঈনশাং হাপ্তুনা চাফদে, ফিদা মথক্তা অচাপোৎ থম্নগা থক চাবস্থু হৌনদে ॥ ৭৪ ॥

হুমিং তাথ্রবদা থোয়দিং য়াওবা পোৎ অমত্তা চারোইদবনি, ফি অমত্তা যাওদনা ( শেত্তনা ) তূমলোইদবনি অহুগা চীন তেংত্রি-ঙৈদা কদাইদস্থু চংথোকলোইদবনি ॥ ৭৫ ॥

খোঙ্‌ চোংহল্লগা চাক চারবদি পুন্সীবা হেল্লি, মরম অহুনা খোঙ্‌ চোংনা চাগনি অহুমদি ওইরগা খোঙ্‌ কংদনদি থক তূম-লোইদবনি ॥ ৭৬ ॥

মিৎনা উবা ফংদবা—উরী-রারীনচিংবনা কূপশিনবা লমদা থক চংলোইদবনি অহুগা মশাগী মথী-ময়ুংদা থক য়েংথরোইদবনি অমস্থুং পাম্বোম অনিনা ঈরোইহনা তুরেন থক লাল্লোইদবনি ॥ ৭৭ ॥

অধিতিষ্ঠেন্ন কেশাংস্তু ন ভস্মাস্থিকপালিকাঃ।
ন কার্পাসাস্থি ন তুষান্ দীর্ঘমায়ুর্জিজীবিষুঃ॥ ৭৮
ন সংবসেচ্চ পতিতৈর্ন চাণ্ডালৈর্ন পুক্কশৈঃ।
ন মূর্খৈর্নাবলিপ্তৈশ্চ নান্ত্যৈর্নান্ত্যাবসায়িভিঃ॥ ৭৯
ন শূদ্রায় মতিং দদ্যান্নোচ্ছিষ্টং ন হবিষ্কৃতম্।
ন চাস্যোপদিশেদ্ধর্ম্মং ন চাস্য ব্রতমাদিশেৎ॥ ৮০
যো হ্যস্য ধর্ম্মমাচষ্টে যশ্চৈবাদিশতি ব্রতম্।
সোঽসংবৃতং নাম তমঃ সহ তেনৈব মজ্জতি॥ ৮১

---

পুন্সী নুংশাংনিঙ্‌বা মীনা শম, উৎ, শব্দ-ভাল্লা, চেগায় মচেৎ, লশিং মব্ব অমসুং রাই—পোৎশিং অসিগী মথক্তা খক নেৎলোই-দবনি ( কারোইদবনি ) ॥ ৭৮ ॥

পতিত ( জাৎ তারবা মী ), চণ্ডাল, পুক্কশ ( ব্রাহ্মণনা শূদ্র নূপীদা পোকপা মচানিপাবু 'নিষাদ' কৌই অদুগা নিষাদ অদুনা অমুক শূদ্র নূপী লৌদুনা পোকপা মচাবুনা 'পুক্কশ' কৌই ), মূর্খ ( অপঙ্‌বা ), শেলগী ময়াইনা মংথোই কারবা মী, ধোবিনচিংবা অতোনবা জাতি অদুগা 'অন্ত্যাবসাযী' ( চণ্ডালনা নিষাদ নিঙোল লৌদুনা পোকপা মচা )—মখোয অসিগা লোয়ননা যুম অমত্তদা নঙ্গগা উখা-রাখাদা ডাইহাক্তংগী ওইনসু খক লৈমিন্নবা হৌনদে ॥ ৭৯ ॥

শূদ্রদা তাইবঙ্‌ লোনচৎকী মবমদা পাউতাক খক পীরুবা হৌনদে অদুগা মব্বাপ ওইনববদি পীবা য়াই, মনাই নত্তবা অতোপ্পা শূদ্রবু লূখাকনচিংবা খক পীফদে, হোম তৌবদা লেমহৌবা চরু মখাক অদু শূদ্রদা খক পীবা হৌনদে, শূদ্রদা ধর্ম্মগী পাউতাকসু পীফদে নঙ্গগা মরক্তা ব্রাহ্মণ অমা থমদনা শূদ্রবু করিগুম্বা ব্রত অমত্তা তৌনবা য়াথং পীরোইদবনি॥ ৮০ ॥

শূদ্রবু ধর্ম্মগী পাউতাক নঙ্গগা চন্দ্রায়ণনচিংবা ব্রত তৌনবা

ন সংহতাভ্যাং পাণিভ্যাং কণ্ডূয়েদাত্মনঃ শিরঃ।
ন স্পৃশেচ্চৈতদুচ্ছিষ্টো ন চ স্নায়াদ্দিনা ততঃ ॥ ৮২
কেশগ্রহান্ প্রহারাংশ্চ শিরস্যেতান্ বিবর্জ্জয়েৎ।
শিরঃ স্নাতশ্চ তৈলেন নাঙ্গং কিঞ্চিদপি স্পৃশেৎ ॥ ৮৩
ন রাজ্ঞঃ প্রতিগৃহ্ণীয়াদরাজন্যপ্রসূতিতঃ।
সূনাচক্রধ্বজবতাং বেশেনৈব চ জীবতাম্ ॥ ৮৪
দশসূনাসমং চক্রং দশচক্রসমো ধ্বজঃ।
দশধ্বজসমো বেশো দশবেশসমো নৃপঃ ॥ ৮৫

---

য়াথং তৌরুবা ব্রাহ্মণ অদুদি শূদ্র অদুগা লোযননা 'অসংবৃত' কৌবা নবক অদুদা লপ্পুনা লৈরুই ॥ ৮১ ॥

খুৎ অনি চঙনা কোক হোৎফদে, চাবগী চীন তেংদ্রিদৈদা কোক শোকপা হোনদে অদুগা অংম্বা মীনা ঈরুপ্পুনা ( ঈশিংদা মকোক লুপশিনবা নৌদনা ) ঈরুজবা তৌবোইদবনি ॥ ৮২ ॥

শাউববনি হাযদনা মীগী মশম চিংবা নব্রগা মকোক্তা ফুরুবা খরু তৌফদে, কোক্তা থাউ তৈদুনা ঈরুজবগা হকচাংগী কবিগুম্বা মফমদা থাউ অনুক শোকহন্নোইদবনি ॥ ৮৩ ॥

ক্ষেত্রিনা ওইবা নিংথৌ নব্রবদি অতোপ্পা নিংথৌ কনাদগীসু দান লৌবা যাদে, অদুগা শা ঙা হাত্তনা য়োল্লগা চাবা মী, খোয-দিংনচিংবা মন্দ্দগী থাউ শুমদুনা য়োনবা মী ( তেলি ), যু যোনবা মী, অমদি ওক্কবী নূপীনা তানবা শেলনা মথৱায হিংনবা মী— মখোয় অসিদগীসু দান লৌবা য়াদে ॥ ৮৪ ॥

শা-যেনবা তবাগী দোষকা কোলু পান্দুনা থাউ শুম্বা তেলি অমগা মান্নে, তেলি তবাগা ফিবান থেৎপা ৭ ( খ্বায়না খঙনববা ) য়ু য়োনবা অমগা মান্নে, য়ু যোনবা তবাগী দোষকা বেশ্যানা তানবা শেল চাবা মী অমগা মান্নে, বেশ্যাগী মরল চাবা মী তরাগা ক্ষেত্রি নত্তবনা ওইবা নিংথৌ অমগী দোষকা মান্নে ॥ ৮৫ ॥

দশসূনাসহস্রাণি যো বাহয়তি সৌনিকঃ।
তেন তুল্যস্মৃতো রাজা ঘোরস্তস্য প্রতিগ্রহঃ ॥ ৮৬
যো রাজ্ঞঃ প্রতিগৃহ্নাতি লব্ধস্যোচ্ছাস্ত্রবর্ত্তিনঃ।
স পর্য্যায়েণ যাতীমান্ নরকানেকবিংশতিম্ ॥ ৮৭
তামিস্রমন্ধতামিস্রং মহারৌরব-রৌরবৌ।
নরকং কালসূত্রঞ্চ মহানরকমেব চ ॥ ৮৮
সঞ্জীবনং মহাবীচিং তপনং সম্প্রতাপনম্।
সঙ্ঘাতঞ্চ সকাকোলং কুড্‌মলং পুতিমৃত্তিকম্ ॥ ৮৯
লোহশঙ্কুমৃজীষঞ্চ পন্থানং শাল্মলীং নদীম্।
অসিপত্রবনঞ্চৈব লোহদাবকমেব চ ॥ ৯০

জীবিকাগীদমক্তা শা-হাৎফম লৌশীং তবাগী থবক শীন্নবা মী অতুনা ক্ষেত্রি নত্তবা নিংথৌ অমগা মান্নৈ, মরম অতুনা ক্ষেত্রি নত্তবা নিংথৌদগী দান লৌবদি তমথীরবা পাপকী মশকনি ॥ ৮৬ ॥

শাস্ত্রগী রা লৌদবা অরিকপা নিংথৌদগী দান লৌবা মী অতুদি মখাগী নরকশিং অসিদা তাই ॥ ৮৭ ॥

নরক ২১ গী মমিংদি—তামিস্র ( অমম্বা ), অন্ধ-তামিস্র ( শুক্ল-মম্বা ), মহারৌরব ( প্রোক-প্রোক চাক্লা শাবা লম ), রৌরব ( রুরু=লম-শনগী মচীনা রাইথুতুনা অঙাবা পীবা নরক), কালসূত্র, মহানরক ॥ ৮৮ ॥

সঞ্জীবন, মহাবাচি ( অচৌবা ঈথক হৌতুনতা লৈবা নরক ), তপন ( মৈনা চিংবনা চাকপা ), কুম্ভীপাক, সংঘাত, কাকোল (কাক্লা শেত্তূনা চাবা), কুড্‌মল (থৌরানচিংবনা পুনশিন-লাকশিনবা), পূতিমৃত্তিক ( অপুম-অশা মনম নম্বা মফম ) ॥ ৮৯ ॥

লোহশঙ্কু (য়োৎচৈনা লেংবা মফম), ঋজীষ, পস্থান, শাল্মলী, বৈতরণী তুরেন, অসি-পত্রবন [মনা থাঙ্‌শাং (লমথাঙ্‌জৌ) তনা থনবা নরক] অমদি লোহ দারক ॥ ৯০ ॥

এতদ্বিদন্তো বিদ্বাংসো ব্রাহ্মণা ব্রহ্মবাদিনঃ।
ন রাজ্ঞঃ প্রতিগৃহ্ণন্তি প্রেত্য শ্রেয়োঽভিকাঙ্ক্ষিণঃ॥ ৯১
ব্রাহ্মে মুহূর্ত্তে বুধ্যেত ধর্ম্মার্থৌ চানুচিন্তয়েৎ।
কায়ক্লেশাংশ্চ তন্মূলান্ বেদতত্ত্বার্থমেব চ॥ ৯২
উত্থায়াবশ্যকং কৃত্বা কৃতশৌচঃ সমাহিতঃ।
পূর্ব্বাং সন্ধ্যাং জপংস্তিষ্ঠেৎস্বকালেচাপরাঞ্চিরম্॥ ৯৩
ঋষয়ো দীর্ঘসন্ধ্যত্বাদ্দীর্ঘমায়ুরবাপ্নুয়ুঃ।
প্রজ্ঞাং যশশ্চ কীর্ত্তিঞ্চ ব্রহ্মবর্চ্চসমেব চ॥ ৯৪

---

(নবকশিং অসিগী মরম খঙ্নিঙ্বা মীনা মার্কণ্ডেয়পুরাণ-নচিংবদগী খঙ্বিগনি)।

শিরগা অফবা লম্বী চৎনিঙ্বা অমদি হাযরিবা নরকশিং অসিগী মরম মুন্না খঙ্বা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণশিংনা অসিগুম্বা নিংথৌ-দগীদি থক দান লৌরোইদবনি॥ ৯১॥

ব্রাহ্মমুহূর্ত্ত হায়বদি অহিংগী অবোইবা যুথক্তা ( মঙ্গলার্ত্তি মতম ) হোৌগৎলগা ধর্ম্ম অমসুং লন অনিমক ফংননবগীদমক হক-চাংনা করম নোম্বা-লীকপা তৌগদগে হায়বগী মরম খনগনি অমসুং বেদগী তত্ত্ব ওইবা অর্থ অহু লেপ্পবা হোৎনগনি॥ ৯২॥

অসিগী তুংদা ফম্মুংদগী হৌগত্তুনা ঈশিং চৎপনচিংবা তৌগনি অমসুং ঈরুজথোকপনচিংবা তৌত্তুনা হকচাং শেংদোক্লগা পুক্নিঙ লৈতানা অয়ুক্কী তৌবা হৌনবা গাযত্রা জপ তৌগনি। অসুম তৌনা য়াচঙ্বদসু গায়ত্রী জপ অমুক তৌগনি॥ ৯৩॥

মহর্ষিশিংনা মতম শাংনা শাংনা সন্ধ্যা তৌবনা পুন্সী, খঙ্বা হেল্লি, মিংচৎ চাউই, অমাঙ্-অতা লৈত্তবা মগুণ শম্ভোকই অমসুং ব্রহ্মতেজ ফংই॥ ৯৪॥

শ্রাবণ্যাং প্রৌষ্ঠপদ্যাং বাপ্যুপাকৃত্য যথাবিধি।
যুক্তশ্ছন্দাংস্যধীয়ীত মাসান্ বিপ্রোঽর্দ্ধপঞ্চমান্ ॥ ৯৫
পুষ্যে তু চ্ছন্দসাং কুর্য্যাদ্বহিরুৎসর্জ্জনং দ্বিজঃ।
মাঘশুক্লস্য বা প্রাপ্তে পূর্ব্বাহ্নে প্রথমেঽহনি ॥ ৯৬
যথাশাস্ত্রন্তু কৃত্বৈবমুৎসর্গং ছন্দসাং বহিঃ।
বিরমেৎ পক্ষিণীং রাত্রিং তদেবৈকমহর্নিশম্ ॥ ৯৭
অত ঊর্দ্ধ্বন্তুচ্ছন্দাংসি শুক্লেষু নিয়তঃ পঠেৎ।
বেদাঙ্গানি চ সর্ব্বাণি কৃষ্ণপক্ষেষু সম্পঠেৎ ॥ ৯৮

---

শ্রাবণ ( ইঙেন ) থাগী পূর্ণিমাদা নত্রগা ভাদ্র ( থৱান ) গী পূর্ণিমা তিথিদা মাগী মাগী হৌনবী 'উপাকর্ম্ম' ( বেদ তম্নম-দাইদা তৌবা ) হায়না খঙ্নবা কর্ম্ম অদু পাঙ্থোক্লগা য়াম্না হৈনিঙ্বগা লোয়নননা থা মরি মথায়দি বেদ তমগনি ॥ ৯৫ ॥

দ্বিজশিংনা বেদ তম্বগী মতম অসি থা মরি মথায়গী মতুংদা পৌষ ( পোয়নু ) হায়বা থাগী পুষ্যা নক্ষত্রনা পানবদা খুন লৈকাইগী মপান্দা (মতাইদা) চত্তূনা বেদবু 'উৎসগ' তৌবা হায়বা কর্ম্ম অদু তৌরুগনি। ভাদ্র ( থৱান ) থাগী পূর্ণিমাদা 'উপাকর্ম্ম' তৌখিবা মী অদুনা মাঘ ( ৱাকচীং ) গী শুক্লপক্ষ ( পানখৎলকপা ) গী নোংমা পানবদা অয়ুক্কী মতমদা খুনগী মপান্দা ( মতাইদা ) চত্তূনা হৌনবী মতুং ইন্না বেদউৎসর্গ অসি তৌগনি ॥ ৯৬ ॥

(উৎসর্গ—কথোকপা, পীথোকপা, মতাং অসিদদি জ্ঞানপীবা)

খুংগঙ্ মতাইদা অসুম্না শাস্ত্রগী মত মতুংইন্না বেদগী উৎসর্গ কর্ম্ম অদু পাঙ্থোকপা লোইববদা সুংথিল অনিগা অহিং অমগদি নত্রগা অহিং অমগা সুংথিল অমগদি বেদ তমলোইদবনি ॥ ৯৭ ॥

অসুম তৌনা উৎসর্গগী মতুংদা তমহৈদবদা পোথাবা অসিদগীদি থা পানখৎলকপা থৃদিঙ্গী পূক্লিঙ্ হকচাংবু ফাজিন্দুনা মন্ত্র-ব্রাহ্মণ ( বেদগী শরাক অমা ) গী মশক ওইবা বেদগী শরাকপু তমগনি

নাবিষ্পষ্টমধীয়ীত ন শূদ্রজন সন্নিধৌ।
ন নিশান্তে পরিশ্রান্তো ব্রহ্মাধীত্য পুনঃ স্বপেৎ॥ ৯৯
যথোদিতেন বিধিনা নিত্যং ছন্দস্কৃতং পঠেৎ।
ব্রহ্মচ্ছন্দস্কৃতঞ্চৈব দ্বিজো যুক্তোহ্যনাপদি॥ ১০০
ইমান্ নিত্যমনধ্যায়ানধীয়ানো বিবর্জ্জয়েৎ।
অধ্যাপনঞ্চ কুর্ব্বাণঃ শিষ্যাণাং বিধিপূর্ব্বকম্। ১০১
কর্ণশ্রবেঽনিলে রাত্রৌ দিবা পাংশু সমূহনে।
এতৌ বর্ষাস্বনধ্যায়া বধ্যায়জ্ঞাঃ প্রচক্ষতে। ১০২
বিদ্যুৎস্তনিতবর্ষেষু মহোল্কানাঞ্চ সম্প্লবে।
আকালিকমনধ্যায়মেতেষু মনুরব্রবীৎ॥ ১০৩

---

অদুগা থা শিথরকপদনা শিক্ষাকল্পগী (বেদগী শরূক অমা) ব্যাকরণ-নচিংবা বেদাঙ্গ পূম্নমক তমশিনগনি॥ ৯৮॥

ময়েক অমদি খোস্তোক শেংদবা বেদ তমহৈদে; শূদ্রদগী থক বেদ তমহৈদে; নোংঙাল্লমদাইদা হৌগত্তুনা বেদ ঔরাইবদা রাবক্লগা অমুক হন্না হঞ্জিন্দুনা তুমলোইদবনি॥ ৯৯॥

হায়রিবা নিয়ম অসিগী মতুংইন্না থরায় য়াওনা দ্বিজশিংনা গায়ত্রীনচিংবা ছন্দনা তিনবা মন্ত্রগী শরূক ওইবা বেদবু হুমিৎ থুদিঙ্গী তমগদবনি; অদুগা খুদোং থীব নত্রবদি ইশানা ঙমজ-রবদি মন্ত্র অমসুং ব্রাহ্মণ কোবা বেদগী শরূক অনিমক নিয়ম অসুন্না তৌদুনা হৈনিঙ্বগা লোয়ননা তমগদবনি॥ ১০০॥

অসুন্না হৌনবী তৌদুনা তমলিবা শিষ্য অমসুং বেদ তম্বীরিবা গুরু অনিমক্না মথাদা হায়রক্কদৌরিবা তমহৈদবা মতম পূম্নমক অসিদি পূমথা থাদোক্কদবনি॥ ১০১॥

নোংজুথাদা, অহিংদা, কন্না শিৎপা হুংশিংকী মখোল তারবদা নম্রগা অয়ূক হুংথিন্দনা হুংশিংনা উফুল হৌহল্লবদা—মতম মতম অদুদদি তমহৈদবা ওই, মসি পণ্ডিতশিংনা হায়বনি॥ ১০২॥

নোংথাঙ্, কুপ্পুনা, খাকপা-লাউবা তৌদুনা নোং তারবদি

এতাংস্ত্বভ্যুদিতান্ বিদ্যাদ্‌যদা প্রাদুষ্কৃতাগ্নিষু।
তদা বিদ্যাদনধ্যায়মনৃতৌ চাভ্রদর্শনে॥ ১০৪
নির্ঘাতে ভূমিচলনে জ্যোতিষাঞ্চোপসর্জ্জনে।
এতানাকালিকান্ বিদ্যাদনধ্যায়ানৃতাবপি। ১০৫
প্রাদুষ্কৃতেষ্বগ্নিষু তু বিদ্যুৎস্তনিতনিস্বনে।
সজ্যোতিঃ স্যাদনধ্যায়ঃ শেষে রাত্রৌ যথাদিবা॥ ১০৬

---

নভ্রগা মচি মচিদা উস্কাপাত শঙাইশেল—পাইদুনা লৈবা অচাকপা য়োৎ মতৃম নভ্রগা অচাকপা নূং মপৈ মপৈ) তৌববদি মথংগী হুমিত্তা হায়রিবশিং অসি থোকখিবা ঙসিগী মতম অদু যৌরক্তি্ৰবা ফাওবদি তস্বা য়াদে॥ ১০৩॥

নোংজুথাদা অযুক অমসুং যাচঙ্‌বা মতমগী হোম তৌনবা মৈ হৌগৎলিঙৈদা মতৌ অসুন্না মতম চপ মান্ননা নোংথাঙ্‌নচিংবা কূপ্পক খাক্লক্লবদি মতুস্থু তমহৈদ্রে খঙ্‌নগনি। অদুগা নোংজুথা নত্তবা মতমদস্থু হোমগী মৈ হৌবা মতমদা নোং মংবা তাবা তৌরবদি মতুস্থু তমহৈদবনি খঙ্‌গনি॥ ১০৪॥

নোংজুথা নত্তবা মতমদা নোংথক্তগী থোক্লকপা উৎপাতকী মখোল, যুহাবাবা, নভ্রগা হুমিৎ-থানচিংবগী উপদ্রব (অকায়বা থোকপা) অমসুং গ্রহপীড়া ওইরবদি মতম চাদনা তমহৈদবা ওই॥ ১০৫॥

যাচঙ্‌বদা হোমগী মৈ হৌগৎপা মতমদা নোংথাঙ্ কূপ্পা অমসুং নোংখোংবা মখোল তাববদি 'সজ্যোতিঃ অনধ্যায' (তমহৈদবা) হায়বদু ওই হায়বদি অয়ুক হুংথিন্দা ওইরবদি হুমিৎ মঙাল হেক লৈরিবমখৈ অদুগা অহিংদনা থা, থরাম্মিচাক্কী মঙাল হেক মুত্রিবমখৈ তস্বা য়াদে। নোং তারবদি অহিং হুংথিল অনিমক তমহৈদে॥ ১০৬॥

নিত্যানধ্যায় এব স্যাদ্‌গ্রামেষু নগরেষু চ।
ধর্ম্মনৈপুণ্যকামানাং পূতিগন্ধে চ সর্ব্বদা ॥ ১০৭
অন্তর্গতশবে গ্রামে বৃষলস্য চ সন্নিধৌ।
অনধ্যায়ো রুদ্যমানে সমবায়ে জনস্য চ ॥ ১০৮
উদকে মধ্যরাত্রে চ বিণ্মূত্রস্য বিসর্জ্জনে।
উচ্ছিষ্টঃ শ্রাদ্ধভুক্ চৈব মনসাপি ন চিন্তয়েৎ ॥ ১০৯
প্রতিগৃহ্য দ্বিজো বিদ্বানেকোদ্দিষ্টস্য কেতনম্।
ত্র্যহং ন কীর্ত্তয়েদ্ ব্রহ্ম রাজ্ঞো রাহোশ্চসূতকে ॥ ১১০
যাবদেকানুদ্দিষ্টস্য গন্ধো লেপশ্চ তিষ্ঠতি।
বিপ্রস্য বিদুষো দেহে তাবদ্ ব্রহ্ম ন কীর্ত্তয়েৎ ॥ ১১১

---

ধর্ম্মদা পূক্লিঙ্ খোয়দাবা মীশিংদি থুল মন্নুংদা সহরদা নত্রগা নমথী-হঙাই মরক্তা থক তম্বা য়াদে ॥ ১০৭ ॥

অশিবা লৈবা মফমদা, ধর্ম্ম লৈতবা মীগী মনাক্তা, অকপ্পা খোপ্পেল তাবা মফমদা অমদি মীয়াম তিনবা মফমদা থক বেদ তম্বা হৌনদে ॥ ১০৮ ॥

ঈশিং ময়ায়দা, নোংয়ায়গী মুহূর্ত্ত মরি পানবা মতমদা, থী ফায়বা, য়ুংহানবা মতমদা, চাক-থক্লবগী চীন-খা তেংথোক্ত্রিঙৈদা নত্রগা শ্রাদ্ধদা চাবা-থকপা তৌরুরবদি—বেদবু পূক্লিঙ্দা ফাওবা নিঙ্শিংলুরোইদবনি ॥ ১০৯ ॥

বেদ হৈবা ব্রাহ্মণনা প্রেত-শ্রাদ্ধগী বার্ত্তোন ফংবা হুমিত্তগীনা হুমিৎ হুমনি ফাওবদি বেদ তমহৈদে। ক্ষেত্রি নিংথৌগী মচানিপা পোক্লবদি নত্রগা হুমিৎ-থাদা গ্রহণ লাক্লবদি মতুদসু হুমিৎ হুমনি তমহৈদে ॥ ১১০ ॥

একোদ্দিষ্ট-শ্রাদ্ধ (মাসিক শ্রাদ্ধনচিংবা) দা চারুরবা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণনা মশাদা শ্রাদ্ধগী কুঙ্কুম-চন্দন্নচিংবা তৈরকপা অহু মুত্রিঙৈ অমদি মনম কোক্ত্রিঙৈ ফাওবা অতুদি বেদ তম্বা অমদি তম্বীবা হৌনদে ॥ ১১১ ॥

শয়ানঃ প্রৌঢ়পাদশ্চ কৃত্বা চৈবাবসক্থিকাম্।
নাধীয়ীতামিষং জগ্ধ্বা সূতকান্নাদ্যমেব চ ॥ ১১২
নীহারে বাণশব্দে চ সন্ধ্যয়োরেব চোভয়োঃ।
অমাবাস্যাচতুর্দ্দশ্যোঃ পৌর্ণমাস্যষ্টকাসু চ। ১১৩
অমাবাস্যা গুরুং হন্তি শিষ্যং হন্তি চতুর্দ্দশী।
ব্রহ্মাষ্টক-পৌর্ণমাস্যৌ তস্মাত্তাঃ পরিবর্জ্জয়েৎ ॥ ১১৪
পাংশুবর্ষে দিশাংদাহে গোমায়ুবিরুতে তথা।
শ্বখরোষ্ট্রে চ রুবতি পঙ্‌ক্তৌ চ ন পঠেদ্দ্বিজঃ ॥ ১১৫
নাধীয়ীত শ্মশানান্তে গ্রামান্তে গোব্রজেঽপিবা।
বসিত্বা মৈথুনং বাসঃ শ্রাদ্ধিকং প্রতিগৃহ্য চ ॥ ১১৬

---

হিপ্না হিপ্না, আসন মথক্তা খোঙ্ থাংগত্তুনা, ফৈরুদা ফৈরু থমতুনা ( খুকউদা খুকউনা ননবা ) শা ঙা চাতুনা নত্রগা পোকপা-শিবগী য়ুম্মাংলিবা মীগী চাক চাতুনা খক বেদ তম্বা য়াদে ॥ ১১২ ॥

নৈচিন থারবদি নত্রগা তেন কাপ্পা মখোন তারবদি, অয়ুক অমসুং সন্ধ্যা য়াচঙ্‌বদা অমদি অমাবস্যা, চতুর্দ্দশী (১৪ নি পানবা), পূর্ণিমা, অমসুং অষ্টমী ( ৮নি পানবা ) তিথিদা তম্বা য়াদে ॥ ১১৩ ॥

অমাবস্যা ( থাশি ) দা তম্নবদি তম্বীরিবা মী অদুবু মাঙ্‌হল্লি, ১৪ নি পানবদনা শিষ্যগী অমাঙ্‌বনি, নিপান্নি পানবগা পূর্ণিমাগদনা বেদবু পূমকাউ কাউহল্লি। মরম অতুনা তিথি পূন্নমক অসিদা বেদ তম্বীবা অমসুং তম্বা পূমথা থাদোক্কদবনি ॥ ১১৪ ॥

আতিয়াদগী উফুন মবীরা নোং ওইনা তারক্লবদি, মায়কৈ চাক্লবদি, লমহূই-হুই-গাধা-উটনা খেক্লা খেক্লা খোংলবদি বেদ পাঠ তৌরোইদবনি অতুগা মখোয় অসিগা পরেং অমত্তদা ফম্মিন্নতুনস্থ খক বেদ পাঠ তৌরোইদবনি ॥ ১১৫ ॥

মোংফমদা, খুংগঙ্ মনাক্তা, ষনগোল্লা, অমদি নুপী নিপা লৈপুন ওইনবা মতমদা শেৎলুবা ফি অতু শেৎনা শেৎনা অমদি শ্রাদ্ধগী চাক-নচিংবা চারুরগা বেদ তম্বা য়াদে ॥ ১১৬ ॥

প্রাণি বা যদি বা প্রাণি যৎকিঞ্চিচ্ছ্রাদ্ধিকং ভবেৎ।
তদালভ্যাপ্যনধ্যায়ঃ পাণ্যাস্যো হি দ্বিজঃ স্মৃতঃ ॥ ১১৭
চৌরৈরুপপ্লুতে গ্রামে সম্ভ্রমে চাগ্নিকারিতে।
আকালিকমনধ্যায়ং বিদ্যাৎ সর্ব্বাদ্ভুতেষু চ ॥ ১১৮
উপাকর্ম্মণি চোৎসর্গে ত্রিরাত্রং ক্ষেপণং স্মৃতম্।
অষ্টকাসু ত্বহোরাত্রমৃত্বন্তাসু চ রাত্রিষু ॥ ১১৯
নাধীয়ীতাশ্বমারূঢ়ো ন বৃক্ষং ন চ হস্তিনম্।
ন নাবং ন খরং নোষ্ট্রং নেরিণস্থো ন যানগঃ ॥ ১২০

---

চাবতসু নত্তনা ষণনচিংবা থরায় পানববু ওইববসু ফিনচিংবা থরায় পান্দবা পোৎপু ওইববসু শ্রাদ্ধদা হাপ্পা পোৎপু খুৎনা দান লৌরুববদি ( সুমিৎ অতুমা ) বেদ তম্বা য়াদ্রে, মবমদি ব্রাহ্মণগীদি মখুৎ কা মাগী মচীনগা অমত্তনি, খুৎনা লৌবতুনা চাবগা অতুম্মক পাংথক ওই ॥ ১৭ ॥

হূবান চৌস্থানা খুন্দা উপদ্রব তৌববদি, যূম-মৈ চাকপনচিংবনা থক্কৎনববদি অতুগা অঙক অঙকপা থৌদোক ঙাক্তা থোকচিল্লক্লবদি মতম চাদবনা তম্বা য়াদে ॥ ১১৮ ॥

উপাকর্ম্ম অমসুং উৎসর্গ হাযবা কর্ম্মশিং অতুগী মতুংদা অহিং অহুমদি তমহৈদে অতুগা অগ্রহায়ণ ( হিয়াঙ্গৈ ) পূর্ণিমাগী মতুংদা 'অষ্টকা' হাযনা কৌবা ক্রম অতুগী মতুংইন্না অষ্টমী অহুমখক্তি অহিং অমগা নুংথিল অমগা ওইনা বেদ তমহৈদে অমসুং ঋতু খুদিঙ্গী অরোই অরোইবা নুমিত্তসু অহিং অমগা নুংথিল অমগদি তমহৈদে ॥ ১১৯ ॥

শগোল, শামু, হি, উট, গাধা, গাড়ী অমসুং উপাম্বী পূন্নমক অসিগী মথক্তা তোংনা তোংনা অমদি লৈহাউ লৈতবা লমদা লৈতুনা বেদ তম্বা থক হৌনদে ॥ ১২০ ॥

ন বিবাদে ন কলহে ন সেনায়াং ন সঙ্গরে।
ন ভুক্তমাত্রে নাজীর্ণে ন বমিত্বা ন শুক্তকে॥ ১২১
অতিথিঞ্চাননুজ্ঞাপ্য মারুতে বাতি বা ভৃশম্।
রুধিরে চ স্রুতে গাত্রাচ্ছস্ত্রেণ চ পরিক্ষতে॥ ১২২
সামধ্বনাবৃগ্‌যজুষী নাধীয়ীত কদাচন।
বেদস্যাধীত্য বাপ্যন্তমারণ্যকমধীত্য চ॥ ১২৩
ঋগ্বেদো দেবদৈবত্যো যজুর্ব্বেদস্তু মানুষঃ।
সামবেদঃ স্মৃতঃ পিত্র্যস্তস্মাৎ তস্যাশুচির্ধ্বনিঃ॥ ১২৪

---

চীন্দা-পাউদানতুনা খৎন-চৈনবদা, চৈতূপ চৈতুপ পায়তুনা ফুনবদা, লান্মী তেংগোল মনাক্তা, লানফমদা, চাক চাবা হেক তোকপদা ঙায়রিঙৈদা, চাখিবা পোৎ তুমজ্রিঙৈদা, ওথোক্লবদা অমদি অশীনবা ঙাক্তা থগেরবদা—বেদ তম্বা য়াদে॥ ১২১॥

য়ূমদা অতিথি লাক্লবদি মাগী ময়াথং লৌদনা অমদি অকনবা নুংশিৎ শিৎলবদি নত্রগা হকচাংদগী ঈ-শিন্থরবদি অতুগা খূৎলাইনা শোক্লবদি বেদ তম্বা হৌনদে॥ ১২২॥

সামবেদ তম্বা মখোল তারবদি কৈদৌঙৈদসু ঋগ্বেদ অমদি যজুর্ব্বেদ তম্লোইদবনি, নত্রগা বেদ তম্বা লোইরগা অমসুং আরণ্যক হায়না কৌবা বেদগী শরূক অম্ব তম্লগা মতুগী অহিং নুংথিল অতুদদি অতোপ্পা বেদ অমা অমুক তম্লরোইদবনি॥ ১২৩॥

ঋগ্বেদদি দেব-দৈবত্যনি হায়বদি ঋগ্বেদগীদি লাইগী স্তুতিতনা মরু ওইবা হিরমনি; মীওইবনা যজুর্ব্বেদগী দেবতানি হায়বদি মীওইবগী কর্ম্মকাণ্ড (মথৌনচিংবা তাকপা) তনা যজুর্ব্বেদগী মরু ওইবা হিরমনি, সামবেদগীনা পিতৃ-দেবতানি হায়বদি সামবেদগীদি পিতৃ কার্য্যগী থবক্লা মপূং ওইনা লৈ; মরম অতুনা সামবেদগী ধ্বনিদি ঋগ্বেদ নত্রগা যজুর্ব্বেদ পাঠ তৌবা মীগী মকাদা অমাংবা পোৎকুম্না খল্লি॥ ১২৪॥

এতদ্বিদন্তো বিদ্বাংসস্ত্রয়ীনিষ্কর্ষমন্বহম্।
ক্রমশঃ পূর্ব্বমভ্যস্য পশ্চাদ্‌বেদমধীয়তে ॥ ১২৫
পশু-মণ্ডূক-মার্জ্জার-শ্ব-সর্প-নকুলাখুভিঃ।
অন্তরাগমনে বিদ্যাদনধ্যায়মহর্নিশম্ ॥ ১২৬
দ্বাবেব বর্জ্জয়েন্নিত্যমনধ্যায়ৌ প্রযত্নতঃ।
স্বাধ্যায়ভূমিঞ্চাশুদ্ধামাত্মানঞ্চাশুচিং দ্বিজঃ ॥ ১২৭
অমাবাস্যামষ্টমীঞ্চ পৌর্ণমাসীং চতুর্দ্দশীম্।
ব্রহ্মচারী ভবেন্নিত্যমপ্যৃতৌ স্নাতকো দ্বিজঃ ॥ ১২৮
ন স্নানমাচরেদ্ভুক্ত্বা নাতুরো ন মহানিশি।
ন বাসোভিঃ সহাজস্রং নাবিজ্ঞাতে জলাশয়ে ॥ ১২৯

বেদ হৈবা মীশিংনা অসিগুম্বা বেদ অহুমগী দেবতা মীওইবা অমসুং পিতৃলোক—মরুওইবশিং অসিগী মশক খঙ্না বেদ পুন্নমক্কী মচি ওইবা প্রণব ব্যাহৃতি গাযত্রীনা হান্না তম্লগা মথংদা বেদ তমগদবনি ॥ ১২৫ ॥

ষণ-শগোলনচিংবা শা, হঙোই, হৌদোঙ্, হুই, লিন, খৈরোয, উচিনচিংবনা লাইবিক তম্লিনৈদা গুরুশিষ্য অনিগী মবক ফাওহুনা চৎখ্রবদি (লমল্লানখ্রবদি) অহিং অমগা নুংথিল অমগা লাইরিক্ক তমহৈদে ॥ ১২৬ ॥

তমগদবা মফম অতুদা ঈ-নাই তারবা অমদি লুখাক্পা শেংহন্দ্রবা অমদি মশামকসু অশেংবা নন্ত্রবা ( মাংনা মাংনা ) অনি অসিসু তমহৈদবগী মবমনি ; মখল অনিমক অসিবু মহৈ তম্লিঙ্বা দ্বিজশিংনা চেকশিন্না থাদোক্লবা হোৎনগনি। ১২৭ ॥

অমাবস্যা, অষ্টমী, পূর্ণিমা অমসুং চতুর্দ্দশী হাযবিবা তিথিশিং অসিদদি ইমুংগী নুপীনা ফনমক মকোক লুজবা হুমিৎ থোক্লবদসু স্নাতক দ্বিজশিংনা খক যেংলুবা ( চঙ্লুবা ) য়াদে ॥ ১২৮ ॥

চাক-চাবা তোক্লগা কোন্না ঈরুজরোইদবনি, নারবদি নন্ত্রগা অহিংগী য়ুথক অনিমক্তসু ঈরুজরোইদবনি ; ফি য়াম্না হকচাংদা

দেবতানাং গুরো রাজ্ঞঃ স্নাতকাচার্য্যয়োস্তথা।
নাক্রামেৎ কামতশ্ছায়াং বভ্রুণো দীক্ষিতস্য চ॥ ১৩০
মধ্যন্দিনেঽর্দ্ধরাত্রে চ শ্রাদ্ধং ভুক্ত্বা চ সামিষম্।
সন্ধ্যয়োরুভয়োশ্চৈব ন সেবেত চতুষ্পথম্ ॥ ১৩১
উদ্বর্ত্তনমপস্নানং বিণ্মূত্রে রক্তমেব চ।
শ্লেষ্মনিষ্ঠ্যূতবান্তানি নাধিতিষ্ঠেৎ তু কামতঃ ॥ ১৩২
বৈরিণং নোপসেবেত্ত সহায়ঞ্চৈব বৈরিণঃ।
অধার্ম্মিকং তস্করঞ্চ পরস্যৈব চ যোষিতম্॥ ১৩৩
ন হীদৃশমনায়ুষ্যং লোকে কিঞ্চন বিদ্যতে।
যাদৃশং পুরুষস্যেহ পরদারোপসেবনম্॥ ১৩৪

শেৎচন-ইনশিল্লগা ঈরুজবোইদবনি অমসুং মশক খঙ্দবা ঈশিং লৈফমদসু খক ঈরুজবোইদবনি ॥ ১২৯ ॥

লাইগী মুর্ত্তি, ইপানচিংবা গুরুজনশিং নিংথৌ, স্নাতক ব্রাহ্মণ, আচার্য্য, য়োংমানবী ষণবী অমদি যজ্ঞগীদমক বৱণ তৌখ্রবা ব্রাহ্মণ মখোয় অসিগী মর্মিদি খঙ্না খঙ্না খক নেৎলোইদবনি ॥ ১৩০ ॥

অয়ুক হুমিদাং অনিগী মযায থোকপা মতমদা ( হুমিৎয়ুংবা অমদি নোংয়ায়দা ), শ্রাদ্ধদা শা ঙা চারগা, অয়ুক্তা অমদি য়াচঙ্বা মতমদা—লম্ফাং মবি ফাংবা মফমদা খক কুইনা লৈরোইদবনি ॥ ১৩১ ॥

হকচাংদা থাউনচিংবা তৈবদা থোক্লকপা নূবা-চকানচিংবা, ঈরুজবগী লেমহোবা ঈশিং মখাক, অমাংবা, হক্না ঈশিং, ঈ, লোক-তিন, পানা-কোদাং অমদি অওবা—পোৎ পূন্নমক অসিদা খক খঙ্না খঙ্নমক নেৎলোইদবনি ॥ ১৩২ ॥

য়েরুবা অমসুং য়েরুবগী মতেং পাংবা মী, ধর্ম্ম লৈতবা মী, হুরানবা অমদি অতোপ্পগী নূপী—মখোয় অসিবুদি খক সেবা তৌরোইদবনি ॥ ১৩৩ ॥

মীগী নূপী ঙাঙ্নবা নিপাগী মপুন্সী তেনবা অহুক পুন্সী তেন-

ক্ষত্রিয়ঞ্চৈব সর্পঞ্চ ব্রাহ্মণঞ্চ বহুশ্রুতম্।
নাবমন্যেত বৈ ভূষ্ণুঃ কৃশানপি কদাচন ॥ ১৩৫
এতত্রয়ং হি পুরুষং নির্দ্দহেদবমানিতম্।
তস্মাদেতত্রয়ং নিত্যং নাবমন্যেত বুদ্ধিমান্ ॥ ১৩৬
নাত্মানমবমন্যেত পূর্ব্বাভিরসমৃদ্ধিভিঃ।
আমৃত্যোঃ শ্রিয়মন্বিচ্ছেন্নৈনাং মন্যেত দুর্লভাম্ ॥ ১৩৭
সত্যং ব্রূয়াৎ প্রিয়ং ব্রূয়ান্ন ব্রূয়াৎ সত্যমপ্রিয়ম্।
প্রিয়ঞ্চ নানৃতং ব্রূয়াদেষ ধর্ম্মঃ সনাতনঃ ॥ ১৩৮

---

শিলহনবা মরম অমা সংসারদা লৈত্রে ; মরম অতুনা কৈদৌঙৈদসু মসি তৌরোইদবনি ॥ ১৩৪ ॥

ক্ষেত্রি, বেদ হৈবা ব্রাহ্মণ, লিন নত্রগা অশোনবা মী—মখোয় অসিনা মাঙ্নবা করিসু তৌরবা ঙমগদবা লৈতে খন্দুনা কৈদৌঙৈ-দসু মখোয়বু থৌশাদবা তৌরোইদবনি ॥ ১৩৫ ॥

হায়রিবা ক্ষেত্রি, বেদ হৈবা ব্রাহ্মণ অমসুং লিন—মখোয় অসিবু উশিৎ-থৌওইদবা থবক তৌরুরবদি তৌরিবা মী অতুগী মাঙ্ননবা শীল্লকই। মরম অতুনা অশিংবা মীনা কৈদৌঙৈদসু মখোয়বু উশিৎ-থৌওইদবা তৌরোইদবনি ॥ ১৩৬ ॥

অহল্লম্মন্না করিসু থম্বীরমদ্রে হায়দুনা অমদি মচাক-মরল লেপশিন্নবা হোৎনবদা করিসু কান্নবা ফংদ্রে হায়দুনা “ঐ অসি ওস্থোক্লা লাইবক থীখ্রেদকো’ অসি হায়না ইশা ইথস্তনা ইশাবু মী ওইদনা খনবা খক তৌরোইদবনি ; অহোযনতুম, শিদ্রিবা ফাওবদি ইশাগী চাওখৎনবা হোৎনতুনতা লৈগদবনি—লন-থুম ফংববু ওই-থোক্তবনি খক খল্লোইদবনি ॥ ১৩৭ ॥

মতম পুম্নমক্তা অচুম্বা অমসুং অথুম্বা রাঙাঙ্ ঙাঙ্গনি, অচুম্বা ওইরবসু মীগী মথরায় শোকপা রাদি ঙাঙ্ফরোই ; অথুম্বা রাঙাংসু মীনম্বদি হায়কদে,—মসিনা লেঙ্দ্রবা অরেপ্পা ধর্ম্মনি ॥ ১৩৮ ॥

**ভদ্রং ভদ্রমিতি ব্রূয়াদ্ভদ্রমিত্যেব বা বদেৎ।**
**শুষ্কবৈরং বিবাদঞ্চ ন কুর্য্যাৎ কেনচিৎ সহ॥ ১৩৯**
**নাতিকল্যং নাতিশায়ং নাতিমধ্যন্দিনে স্থিতে।**
**নাজ্ঞাতেন সমং গচ্ছেন্নৈকো ন বৃষলৈঃ সহ॥ ১৪০**
**হীনাঙ্গানতিরিক্তাঙ্গান্ বিদ্যাহীনান্ বয়োঽধিকান্।**
**রূপদ্রব্যবিহীনাংশ্চ জাতিহীনাংশ্চ নাক্ষিপেৎ॥ ১৪১**
**ন স্পৃশেৎ পাণিনোচ্ছিষ্টো বিপ্রো গো ব্রাহ্মণানলান্।**
**ন চাপি পশ্যেদশুচিঃ সুস্থো জ্যোতির্গণান্ দিবা॥ ১৪২**

---

কনাগুম্বগা উনবদা 'ভদ্র ভদ্র, ( লৈবাকমচা ) অসুম্না হায়গনি নত্রগা পূন্নমকী মফমদা 'ভদ্র' ( লৈবাক মচা ) য়াইফৈ' অসিনচিংবা মঙ্গল ওইবা রাহৈ শীজিন্নগনি। অবেম্বদা কনাগম্ব য়েংথীনবা নত্রগা খৎনবা তৌরোইদবনি॥ ১৩৯॥

অয়ূক অঙনবদা, য়াচঙ্বা মতুংদা অমদি য়ুথক অনিগী মতম্মক্তদা ( প্রহর=য়ুথক=অহিং তুংথিল অমগী শক্ক ৮ থোক-পগী শক্ক অমা হাযবদি পূং ৩গী মতম) নত্রগা মশক-মশা খঙ্নদবা মীগা লোযননা কদাইদম্ব চৎলোইদবনি অতুগা মথন্তা নত্রগা অতোনবা শূদ্রনচিংবা অপঙ্বা মীগম্ব লোয়ননা কদাইদম্ব থক চৎলোইদবনি॥ ১৪০॥

মখোঙ্ মখূৎ তেকপনচিংবা মীওই শুদবা মী, মখোঙ্ মখূৎ লোঙ্বনচিংবা তৌত্না কাযাৎ হেনবা মী, অপঙ্বা—লাইরিক হৈতবা, অহল ওইববা মী, শক্থীবা, লাযববা নত্রগা অতোনবা জাতি ওইবা অসিগুম্বা মীওইশিংব্ মাগী মাগী দোষ অতু হাযত্না থক নিন্দা তৌবীবোইদবনি॥ ১৪১॥

চাবা থকপগী চীন-খা তেংদনা, খূৎ হামদোক্তনা নত্রগা মাংনা মাংনা ব্রাহ্মণনা ষণ ব্রাহ্মণ অমদি মৈদা মখূৎনা শোক্লোইদবনি। মাংলিজৈ অমদি নারিজৈদা নোংমদোন থক্তা ওনখত্তনা তুমিৎ-থান-চিংবা থক য়েংলোইদবনি॥ ১৪২॥

স্পৃশেৎ তানশুচির্নিত্যমদ্ভিঃ প্রাণানুপস্পৃশেৎ।
গাত্রাণি চৈব সর্ব্বাণি নাভিং পাণিতলেন তু ॥ ১৪৩
অনাতুরঃ স্বানি খানি ন স্পৃশেদনিমিত্ততঃ।
রোমাণি চ রহস্যানি সর্ব্বাণ্যেব বিবর্জ্জয়েৎ ॥ ১৪৪
মঙ্গলাচারযুক্তঃ স্যাৎ প্রযতাত্মা জিতেন্দ্রিয়ঃ।
জপেচ্চ জুহুয়াচ্চৈব নিত্যমগ্নিমতন্দ্রিতঃ ॥ ১৪৫
মঙ্গলাচারযুক্তানাং নিত্যঞ্চ প্রযতাত্মনাম্।
জপতাং জুহ্বতাঞ্চৈব বিনিপাতো ন বিদ্যতে ॥ ১৪৬
বেদমেবাভ্যসেন্নিত্যং যথাকালমতন্দ্রিতঃ।
তং হ্যস্যাহুঃ পরং ধর্ম্মমুপধর্ম্মোঽন্য উচ্যতে ॥ ১৪৭

---

মাংনা মাংনা ব্রাহ্মণনা যগনচিংবা শোক্লুববদি আচমন তৌ-থোক্কদবনি হাযবদি খূত্তা ঈশিং হাপ্পগা ঈশিং অহুনা ইন্দ্রি মখূল পূন্নমক অমদি হকচাং কায়াৎ পূন্নমক অমসুং থোয়দৌদা শোক্কদবনি ॥ ১৪৩ ॥

নারিঙৈ মতম নত্রবদি কৈদৌঙদসু মবম লৈতনা নাকোঙ্‌ নাতোম্নচিংবা ইন্দ্রি মখুনশিং অসিবু তামসুং ফিন্নুংগী শমনচিংববু থক শোক্লোইদবনি ॥ ১৪৪ ॥

গোরোচন চন্দন্নচিংবা মঙ্গলগী পোৎলম হকচাংদা ধারণ তৌগনি (তৈবা থিনবা), গুরু সেবানচিংবা তৌহুনা লমচৎ ব্যবহার ফজবা ওইগ্নি, হকচাং মহুং অমসুং মপান অনিমক মতম পূন্নমক্তা শেংহনগনি, ইন্দ্রি খূহুম চনগনি অমসুং অতনবা লৈতনা মতম পূন্নমক্তা গায়ত্রীনচি বা জপ তৌগনি অহুগা হৌনবী মতুংইন্না মৈদা হোম তৌগনি ॥ ১৪৫ ॥

মঙ্গলগী মশক ওইবা লোনচৎ-ব্যবহারনা তিনবা, পূক্নিঙ ফাবা ওম্বা, অতৎপা লৈতনা হোম-জপ তৌবদা পূক্নিঙ্‌ চঙ্‌বা মীশিংগীদি মী-লাই অমত্তনা মাঙ্‌নবা থক তৌরক্তে ॥ ১৪৬ ॥

মুমিৎ খূদিঙ্‌গী হেক শংলকপদা অতনবা লৈতনা প্রণব-

**বেদাভ্যাসেন সততং শৌচেন তপসৈব চ।**
**অদ্রোহেণ চ ভূতানাং জাতিং স্মরতি পৌর্ব্বিকীম্ ॥ ১৪৮**
**পৌর্ব্বিকীং সংস্মরন্ জাতিং ব্রহ্মৈবাভ্যস্যতে পুনঃ।**
**ব্রহ্মাভ্যাসেন চাজস্রমনন্তং সুখমশ্নুতে ॥ ১৪৯**
**সাবিত্রান্ শান্তিহোমাংশ্চ কুর্য্যাৎ পর্ব্বসু নিত্যশঃ।**
**পিতৄংশ্চৈবাষ্টকাস্বর্চ্চেন্নিত্যমন্বষ্টকাসু চ ॥ ১৫০**

গায়ত্রীনচিংবা বেদ অভ্যাস তৌগনি। ব্রাহ্মণগীদি মসিতনা অথোইবা ধর্ম্মনি, অসি নত্তবা অতৈদি হন্থবা ধর্ম্ম মক্তনি ॥ ১৭৭ ॥

মতম পূন্নমক্তা বেদবু নৈনবা, হুং-পাল অনিমক শেংনা থম্বা, তপ তৌবা, অমদি থরায পানবা পূন্নমক্তা খক হিংসা তৌদবা— অসিগুম্বা ধর্ম্ম অসি চৎপা দ্বিজাতি ব্রাহ্মণদি হান্নগী মপোক্তা তৌখিবা পূন্নমক অসুম অসুর নিঙ্শিংবা ঙমকই ॥ ১৪৮ ॥

অসুম তৌনা মপোক খঙ্হনা হায়বদি হান্নগী মপোক্তা ওই-খিবা পোকপা শিবা, লাযনা লায়থংনচিংবগী অরা-অনাশিং অত্থ নিঙ্শিংলুহনা দ্বিজশিংনা সংসাব অসিদা হৈনিঙ্দবা পোক্লকই অমসুং অবানবা খুবম ফংনবগী অমত্তা ঙাযবা থোংগী মশক ওইবা ব্রহ্ম ফংনবগীদমক হোৎনবকই অমসুং অতৎপা নৈতনা বেদবু নৈনহনা মত্থগী পাঙ্গলনা ব্রহ্মবু শংশঙ্ উবা ফংহনা লোইবা নাইদবা খ্বায়দগী হেনবা হুংঙাইবগী মশক ওইববা অরানবা খুবম হায়বহু ফংলকই ॥ ১৪৯ ॥

থাশি, থানিননচিংবা পর্ব্বদিনশিংদা হুমিৎতা হোম কৎকনি অমসুং ফত্তবা কোক্লবা শান্তি হোমসু তৌগনি অহুগা হিয়াঙ্গৈ পূর্ণিমাগী মথংদা লাকপা কৃষ্ণাষ্টমী ( থাশিগী নিপান্নি পানবা ) দা 'অষ্টকা শ্রাদ্ধ' শোনগনি অহুগা থংনবা হুমিৎ ৯নি পানবা (নবমী) দনা 'অন্বষ্টকাশ্রাদ্ধ' শোন্দুনা শিথ্রবা ইপা ইপুগী ঈড়াৎ পূজা তৌগনি ॥ ১৫০ ॥

দূরাদাবসথান্মূত্রং দূরাৎ পাদাবসেচনম্।
উচ্ছিষ্টান্নং নিষেকঞ্চ দূরাদেব সমাচরেৎ ॥ ১৫১
মৈত্রং প্রসাধনং স্নানং দন্তধাবনমঞ্জনম্।
পূর্ব্বাহ্ন এব কুর্ব্বীত দেবতানাঞ্চ পূজনম্॥ ১৫২
দৈবতান্যভিগচ্ছেত্তু ধার্ম্মিকাংশ্চ দ্বিজোত্তমান্।
ঈশ্বরঞ্চৈব রক্ষার্থং গুরূনেব চ পর্ব্বসু ॥ ১৫৩
অভিবাদয়েদ্বৃদ্ধাংশ্চ দদ্যাচ্চৈবাসনং স্বকম্।
কৃতাঞ্জলিরুপাসীত গচ্ছতঃ পৃষ্ঠতোঽন্বিয়াৎ। ১৫৪
শ্রুতিস্মৃত্যুদিতং সম্যঙ্নিবদ্ধং স্বেষু কর্ম্মসু।
ধর্ম্মমূলং নিষেবেত সদাচারমতন্দ্রিতঃ। ১৫৫

---

তেন কাপ্পদা য়োবা লম অতুক্কী মখৈ লাপ্না মৈ হৌফম (যজ্ঞ-শালা) দগী চথোক্লগা অমাং-অশোয (থী-যুং) তৌগনি, খোঙ্ হামগনি, লুখাক হুন্দোকপা অমসুং রেতঃপাত (বীর্য্য মপান থোকপা = য়েল লোথোকপা) অসিসু যজ্ঞ-শালাদগী থাপ্না তৌগ-দবনি ॥ ১৫১ ॥

থী ফায়বা, ফিজেৎ লৈতেংবা, ঈরুজবা, যাথিনবা, কাঁজল থাবা অমসুং লাইগী পূজা তৌবা— থবকশিং অসিদি অয়ুক অঙন-বতদা তৌগদবনি ॥ ১৫২ ॥

অমাবস্যানচিংবা পর্ব্বদিনশিংদা লাই, ধর্ম্ম চেনবা ব্রাহ্মণ, ঙাকপি-কনবীবা নিংথৌ অমসুং ইমা ইপানচিংবা গুরুজনশিংবু দর্শন অমদি খুরুম্নবা চৎকনি ॥ ১৫৩ ॥

যূমদা লাকপা গুরুজনশিংবু নিঙ্থিনা খুরুম-খাজঙ্ তৌগনি ফম্নবা মশাগী আসন পীগনি, মমাঙ্দা খুৎ লোন্নতুনা ফমগনি অমসুং হনখিবা মতমদা খরদং থিন্দোক্লুগনি ॥ ১৫৪ ॥

বেদ অমদি স্মৃতি শাস্ত্রদা চঙখোন্না তাকলিবা মাগী মাগী আশ্রমগী হৌনবী, ধর্ম্মগী হৌফম ওইবা সাধুজনশিংনা চৎখিবা লমচৎ —মখোয় অসিবু পূক্নিঙ চেৎনা চেকশিন্না ঙাক্তুনা চৎকনি ॥ ১৫৫ ॥

আচারাল্লভতে হ্যায়ুরাচারাদীপ্সিতাঃ প্রজাঃ।
আচারাদ্ধনমক্ষয্যমাচারো হন্ত্যলক্ষণম্ ॥ ১৫৬
দুরাচারো হি পুরুষো লোকে ভবতি নিন্দিতঃ।
দুঃখভাগী চ সততং ব্যাধিতোঽল্পায়ুরেব চ ॥ ১৫৭
সর্ব্বলক্ষণহীনোঽপি যঃ সদাচারবান্ নরঃ।
শ্রদ্দধানোঽনসূয়শ্চ শতং বর্ষাণি জীবতি ॥ ১৫৮
যদ্‌যৎ পরবশং কর্ম্ম তৎ তদ্‌যত্নেন বর্জ্জয়েৎ।
যদ্‌যদাত্মবশন্তু স্যাৎ তৎ তৎ সেবেত যত্নতঃ ॥ ১৫৯
সর্ব্বং পরবশং দুঃখং সর্ব্বমাত্মবশং সুখম্।
এতদ্বিদ্যাৎ সমাসেন লক্ষণং সুখদুঃখয়োঃ ॥ ১৬০
যৎ কর্ম্ম কুর্ব্বতোঽস্য স্যাৎ পরিতোষোঽন্তরাত্মনঃ।
তৎ প্রযত্নেন কুর্ব্বীত বিপরীতন্তু বর্জ্জয়েৎ ॥ ১৬১

---

লোনচৎ ব্যবহার ফজরবদি পুন্সীবা হেল্লি, পূক্লিঙ্ চাবা মচা মশূনচিংবা তারকই অমসুং অমাঙ্-অতা লৈত্রবা মরল ফংলকই অতুগা মশাদা ফত্তবা লায়থুং লায়নানা নাবা পকপা হৌরক্লবসু থুনমক হেক্তা মাঙ্খি ॥ ১৫৬ ॥

লমচৎ ফত্তবা মীদি সংসাবদা মীনা তাথীনৈ, অৱা-অনংতনা মাগী শরূক ওই, লায়থুং পাল্লি, পুন্সীদে ॥ ১৫৭ ॥

লমচৎ ব্যবহার ফজবা, বেদবু থাজবা অমদি মীগী ঈকাই-খুম্নবা ঙাকপিবা মী অতুদি মশাদা অফবা লক্ষণ অমত্তা লৈত্রবমকসু চহি ১০০ গী পুন্সী ফংই ॥ ১৫৮ ॥

মীখা পোনবা থবক হাযবদি মীঙোন্দা চঙ্জন্নবদি ওইথোক্তবা অতুগুম্বা থবক্তি রারবসু রানা থাদোক্কদবনি অতুগা ইথন্তা ইনিঙ্ তৌজবা ফংবা থবক অতুনা চেকশিন্না অতুম ঙাক্কদবনি ॥ ১৫৯ ॥

মীখা পোনবদি অরাবগী মশক্নি, ইনিঙ্ তৌবনা হুংঙাই-বনি ; ইশম শম্না অৱা হুংঙাইগী লক্ষণদি মসিতনি ॥ ১৬০ ॥

ঐগী আত্মা ( ঐগী ঐ = থরায় ) না পেনবা থবক অতুদি চেক-

**আচার্য্যঞ্চ প্রবক্তারং পিতরং মাতরং গুরুম্।**
**ন হিংস্যাদ্ ব্রাহ্মণান্ গাশ্চ সর্ব্বাংশ্চৈব তপস্বিনঃ॥ ১৬২**
**নাস্তিক্যং বেদনিন্দাঞ্চ দেবতানাঞ্চ কুৎসনম্।**
**দ্বেষং দম্ভঞ্চ মানঞ্চ ক্রোধং তৈক্ষ্ণ্যঞ্চ বর্জ্জয়েৎ॥ ১৬৩**
**পরস্য দণ্ডং নোদ্যচ্ছেৎ ক্রুদ্ধো নৈব নিপাতয়েৎ।**
**অন্যত্র পুত্রাচ্ছিষ্যাদ্বা শিষ্ট্যর্থং তাড়য়েত্তু তৌ॥ ১৬৪**
**ব্রাহ্মণায়াবগূর্য্যৈব দ্বিজাতির্বধকাম্যয়া।**
**শতং বর্ষাণি তামিস্রে নরকে পরিবর্ত্ততে॥ ১৬৫**

---

শিন্না পাঙ্থোক্লবা হোৎনগনি, অদুগা থরায়না যাদবা থবক হায়বদি ইথন্তা তুংদা নিঙঙল্লক্তবা অদুগুম্বা থবক্তি পূমথা থাদোক্কনি॥ ১৬১

উপনয়ন—( অনৌবা মৎ অমা ফংবা=নগুন থাংবা ) তৌবীহুনা বেদ তম্বী তাকপি তৌবীহুনা বেদগী অর্থ তাকপিরিবা মী, অপোকপা ইপা অমদি ইমা, গুরু, ব্রাহ্মণ, ষণবী অমসুং মপুং-ফানা লাইনিঙ্খ্রবা মী হায়বদি সন্ন্যাসীনচিংবা মখোয় অসিবু থক ওৎপা নৈবা তৌরোইদবনি॥ ১৬২॥

লাইবমলেনবু থাজদবা, বেদ নিন্দা তৌবা, লাইবু চৈবা খোৎপা, কল্লকপা, চাউথোকপা, নাপল, শাউবা অমদি লিংজেন খানা—পূন্নমক অসি থাদোক্কদবনি॥ ১৬৩॥

মীবু যেননবা চৈতূপ থাংগৎলোইদবনি নত্রগা শাউহুনা কনাগী মশাদসু চৈনা থক ফূবোইদবনি। অদুমদি ওইরগা ইচা ইশু অমদি শিষ্যশিংবু লায়নবগীদমক্তি থৌরী নত্রগা রাশানা ফূবা চৈবা তৌবা য়াই॥ ১৬৪॥

দ্বিজাতিনা ব্রাহ্মণ হাৎনবগীদমক চৈতূপ থাংগৎপদং তৌরুবা ফাওবদা 'তামিস্র' হায়না কৌবা নরক অদু চহি চামা চূপ্পা থুংনা চৎলুবা তাই॥ ১৬৫॥

তাড়য়িত্বা তৃণেনাপি সংরম্ভান্মতিপূর্ব্বকম্।
একবিংশতিমাজাতীঃ পাপযোনিষু জায়তে॥ ১৬৬
অযুধ্যমানস্যোৎপাদ্য ব্রাহ্মণস্যাসৃগঙ্গতঃ।
দুঃখং সুমহদাপ্নোতি প্রেত্যাপ্রাজ্ঞতয়া নরঃ॥ ১৬৭
শোণিতং যাবতঃ পাংশূন্ সংগৃহ্লাতি মহীতলাৎ।
তাবতোঽব্দানমুত্রান্যৈঃ শোণিতোৎপাদকোঽদ্যতে॥ ১৬৮
ন কদাচিদ্দ্বিজে তস্মাদ্বিদ্বানবগুরেদপি।
ন তাড়য়েৎ তৃণেনাপি ন গাত্রাৎ স্রাবয়েদসৃক্॥ ১৬৯
অধার্ম্মিকো নরো যো হি যস্য চাপ্যনৃতং ধনম্।
হিংসারতশ্চ যো নিত্যং নেহাসৌ সুখমেধতে॥ ১৭০

---

শাউবদগী কনাগুম্বনা খঙ্না খঙ্না ব্রাহ্মণদা চুন্নগী নাপী মকা অমা ফাওবনা হেক য়ৈকুবদা মতুগী পাপনা মপোক ২১ রক্তি মী অত্থ হুইনচিংবা অতোনবা মপোক্তা পোক্লুই॥ ১৬৬॥

শাস্ত্র খঙ্দবনা মরম ওইত্নুনা কনাগুম্বনা মরম চাদনা লান চঙ্নিঙ্দবা ব্রাহ্মণগী মশাদগী ঈ তাহল্লুরবদি মতুগী পাপনা পরলোকতা মী অত্থগী ঙমখৈ লৈতনা য়ানবা ওইরকই হায়বদি নরক তাই॥ ১৬৭॥

খুৎলাইনা থাত্নুনা ব্রাহ্মণগী মশাদগী থোকপা ঈনা লৈপাক্তা তাথ্রবদি ঈ অত্থুনা তিল্লুরিবা উফুন মরীকশিং অত্থক য়াম্বা চহি মশীং চুপ্পা ব্রাহ্মণদা লঙ্জরুবা মী অত্থগী মশা অত্থ শিরগা হুই, লমহুইনা শেত্তূনা চায়॥ ১৬৮॥

মরম অসিনা চৈনচিংবনা ফুবগী ফত্তবা খঙ্লবা মীনা কৈদৌঙৈদসু ব্রাহ্মণদা চৈ থাংগৎলোইদবনি; নাপীনা ফাওবা য়ৈরোইদবনি নক্রগা মশাগী ঈ তাহন্নবা থবক খক তৌরোইদবনি॥ ১৬৯॥

ধর্ম্ম লৈতবা ( য়েংহৈদবী নুপীদা য়েংবনচিংবা শাস্ত্রনা য়াদবা থবক তৌবা ) হুরান-চৌস্থীনা শেল তানবা অত্থগা মীগী মাঙ্নবতা তৌবা মী অত্থদি মীরমলেন অসিদা খক নুংঙাইবা ফংদে॥ ১৭০॥

ন সীদন্নপি ধর্ম্মেণ মনোঽধর্ম্মে নিবেশয়েৎ।
অধার্ম্মিকাণাং পাপানামাশু পশ্যন্ বিপর্য্যয়ম্॥ ১৭১
নাধর্ম্মশ্চরিতো লোকে সদ্যঃ ফলতি গৌরিব।
শনৈরাবর্ত্তমানস্তু কর্ত্তুর্মূলানি কৃন্তুতি॥ ১৭২
যদি নাত্মনি পুত্রেষু ন চেৎ পুত্রেষু নপ্তৃষু।
ন ত্বেব তু কৃতোঽধর্ম্মঃ কর্ত্তুর্ভবতি নিষ্ফলঃ॥ ১৭৩
অধর্ম্মেণৈধতে তাবত্ততো ভদ্রাণি পশ্যতি।
ততঃ সপত্নান্ জয়তি সমূলস্তু বিনশ্যতি॥ ১৭৪
সত্যধর্ম্মার্য্যবৃত্তেষু শৌচে চৈবারমেৎ সদা।
শিষ্যাংশ্চ শিষ্যাদ্ধর্ম্মেণ বাগ্বাহূদরসংযতঃ॥ ১৭৫

---

নত্তবা ধর্ম্মনা শেল তানবা পাপীশিংদি থুনমক মচাক-মরল পূন্নমক তুম্না মাঙ্ই, মসি শোয়দবনি হায়বসি খঙ্‌জুনা ধর্ম্ম কায়দনা লৈরগা অরাৎ-অপানা রাহন্দুনসু ধর্ম্ম কায়বা রাখলদি খক খল্লোই-দবনি॥ ১৭১॥

ষণ য়োকপগী মহৈনা খুদক্তা হেক্ত ফংবগুম ধর্ম্ম কায়রবদি মীরমলেন অসিদা মতুগী মহৈ হেক্তমক থুনা ফংদে অতুমদি ওইরগা লৈপাক্তা ফুমথ্রবা মরূগুম অধর্ম্মগী মহৈ অতুদি মথং মথং অস্নম হৌগৎলক্তুনা মমৈদা অচোবা পাম্বী ওল্লকই হায়বদি মরূ ফংনা মাঙ্লকই॥ ১৭২॥

ধর্ম্ম কায়বা থবক তৌবনা মতু তৌরিবা মীশক অতুদা করি-গুম্বা ফত্তবা মহৈ ফংদ্রবসু মচাদা নত্রগা মশু হাক্তক্তদি লেপ্পমক ফত্তবা থোক্লকই। তৌখ্রবা অধর্ম্মগী থবক্তি কৈদৌঙৈদসু লেপ্পা মাঙ্খিদে॥ ১৭৩॥

অধর্ম্মনা অহানবদা চাওথৎপা ফংই, মতুংদসু নিঙ্বা থুংনা কান্নবসু ফংলকই, মথংদা য়েরবসু ঙম্নবই অতুমদি ওইরগা মমৈদ-মমৈদনা তুম্না মাঙ্বা ফংলকই॥ ১৭৪॥

( মরম অতুনা ফত্তবা থোক্তনবা ) অচুম্বা ধর্ম্ম চৎকনি, লমচৎ

**পরিত্যজেদর্থকামৌ যৌ স্যাতাং ধর্ম্মবর্জ্জিতৌ।**
**ধর্ম্মঞ্চাপ্যসুখোদর্কং লোকবিক্রুষ্টমেব চ ॥ ১৭৬**
**ন পাণিপাদচপলো ন নেত্রচপলোঽনৃজুঃ।**
**ন স্যাদ্বাক্‌চপলশ্চৈব ন পরদ্রোহকর্ম্মধীঃ ॥ ১৭৭**
**যেনাস্য পিতরো যাতা যেন যাতাঃ পিতামহাঃ।**
**তেন যায়াৎ সতাং মার্গং তেন গচ্ছন্নরিষ্যতে ॥ ১৭৮**

---

ব্যবহার ফজগনি, পূক্নিঙ্‌ হকচাং শেংনা লৈগনি, ধর্ম্মগী মতুংইন্না শিষ্যনচিংবা মচা মনাইশিংবু ৱারক-ৱাতেম তৌগনি অমসুং অচুম্বা ঙাঙবনা ৱাঙাঙ্‌-শাঙাঙ্‌গী মনিঙ্‌ তৌবা কক্কনি, ওৎপা-নৈবা তোক্তুনা পাম্বোমগী মনিঙ্‌ তৌবা ফাগনি অমসুং অফংবা চীঙ্গাক চাহুনা পূক্নি অপাম্বা লাকশিনগনি ॥ ১৭৫ ॥

অপাম্বা অমদি লন তানবগী থবক্তা ধর্ম্ম কায়না তৌফদে অতুগা মমৈদা ৱারক্কদবা নত্রগা মীনা নিন্দা তৌনগদবা (থীনা ঙাঙ্‌নগদবা) অতুগুম্বা ধর্ম্মগী থবকসু থক তৌরোইদবনি হায়বদি বেদনা হায়ত্নসু গো-মেধনচিংবা কলি নিষেধশিং অতুদি তৌফদে ॥ ১৭৬ ॥

খোঙ্‌, খূৎ—অমদি মিৎ না চোইবা, ৱাঙাঙ্‌-শাঙাঙ্‌ চুমদবা অসিগুম্বা মতৌদি থাদোক্কদবনি হায়বদি লৌবদা মতিক চাদবা পোৎ লৌবা অমদি পায়বদা খূৎ-শা চোইবা, কান্নদবদা পঙ্‌চৎ চৎপবুনা খোঙ্‌ চোইবা মীগী নূপী য়েংলুবনচিংববুনা মিৎ চোইবা অতুগা কান্নদবদা মীগী নিন্দা তৌবা ৱাঙাঙ্‌ ঙাঙ্‌ববুনা ৱাঙাঙ্‌ চোইবা কৌই মসিপূম্বা থাদোক্কদবনি। পূকচেল তিংনা লৈগদবনি, মীগী মাঙ্‌নবা থবক্তা পূক্নিঙ্‌ লৌশিং শীজিন্নরোইদবনি ॥ ১৭৭ ॥

শাস্ত্রগী অর্থ তোঙান তোঙান লৈরবসু ইপা ইপুনা লৌখৎ-নরকপা অর্থ অতুগী মতুংইন্না থবক-থনা তৌগদবনি; ইপা ইপুনা চৎলম্বা অফবা লম্বী অতুনা চৎকদবা অফবা লম্বী হায়বতু ওই—অতুগুম্বা লম্বী অতু চৎলবদি অধর্ম্মনা লাকথুরবা থক ঙমদে ॥ ১৭৮ ॥

ঋত্বিক্‌পুরোহিতাচার্য্যৈর্মাতুলাতিথিসংশ্রিতৈঃ।
বালবৃদ্ধাতুরৈর্বৈদ্যৈর্জ্ঞাতিসম্বন্ধিবান্ধবৈঃ ॥ ১৭৯
মাতাপিতৃভ্যাং যামীভির্ভ্রাত্রা পুত্রেণ ভার্য্যয়া।
দুহিত্রা দাসবর্গেণ বিবাদং ন সমাচরেৎ ॥ ১৮০
এতৈর্বিবাদান্ সন্ত্যজ্য সর্ব্বপাপৈঃ প্রমুচ্যতে।
এভির্জ্জিতৈশ্চ জয়তি সর্ব্বান্ লোকানিমান্ গৃহী ॥ ১৮১
আচার্য্যো ব্রহ্মলোকেশঃ প্রাজাপত্যে পিতা প্রভুঃ।
অতিথিস্ত্বিন্দ্রলোকেশো দেবলোকস্য চর্ত্বিজঃ ॥ ১৮২
যাময়োঽপ্সরসাং লোকে বৈশ্বদেবস্য বান্ধবাঃ।
সম্বন্ধিনো হ্যপাং লোকে পৃথিব্যাং মাতৃমাতুলৌ ॥ ১৮৩

---

যজ্ঞনচিংবদা হোম তৌবীবা মী, পুরোহিত, আচার্য্য, মামা, অতিথি, তাংজরবা মী (শেগা থূপ্পরবা, চঙ্‌জবক্লবা মী), অঙাং, অহল, অনাবা মী, মাইবা, শাগৈ, মবীমতা অমসুং মঙাই-মশেল—মখোয় অসিগদি কৈদোঁউদস্ত খৎন-চৈনবা হৌনদে ॥ ১৭৯ ॥

ইমা ইপা, ইচল ইচে, ইনে ইন্দোন্নচিংবা, ইচানিপা, ঐগী নূপী, ইচানূপী অমদি ইনা-ইশন মখোয অসিগসু খৎনফদে ॥ ১৮০ ॥

য়ূম্বাল্লিবা মীনা মখোয় অসিগা খৎনা-চৈনা তৌদ্রবদি মশানা থঙ্‌দনা থোকখিবা পাপ পূম্নমক ইনায় লায়না কোকখি। মখোয় অসিগা খৎনদ্রবদি নত্রগা মখোয়বু হরাউহনবা হুংঙাইহনবা ঙম্লবদি মী অদুনা মৎ[illegible] লোক পূম্নমক অসিবু জয় তৌবা ঙম্মী ॥ ১৮১ ॥

বেদ তম্বী[illegible] আচার্য্যনা ব্রহ্মলোক, অপোকপা ইপানা প্রজাপতি কৌবা লোক, অতিথিনা ইন্দ্রলোক অমসুং ঋত্বিক্‌না দেবলোককী মপু ওই। মরম অদুনা লোক লোককী মপু মপু ওইবশিং অদুগা খৎন-চৈনবা তৌদ্রবদি মখোয় অদুনা পেনবিবদগী মথক্কী লোকশিং অসি ফংই ॥ ১৮২ ॥

ইচল ইচে ইচানূপী অমদি ইমৌশিংনা পেল্লগা অপ্সরা লোক,

**আকাশেশাস্ত্ত বিজ্ঞেয়া বালবৃদ্ধকৃশাতুরাঃ।**
**ভ্রাতা জ্যেষ্ঠঃ সমঃ পিত্রা ভার্য্যা পুত্রঃ স্বকা তনুঃ॥ ১৮৪**
**ছায়া স্বো দাসবর্গশ্চ দুহিতা কৃপণং পরম্।**
**তস্মাদেতৈরধিক্ষিপ্তঃ সহেতা সংজ্বরঃ সদা॥ ১৮৫**
**প্রতিগ্রহসমর্থোঽপি প্রসঙ্গং তত্র বর্জ্জয়েৎ।**
**প্রতিগ্রহেণ হ্যস্যাশু ব্রাহ্মং তেজঃ প্রশাম্যতি॥ ১৮৬**
**ন দ্রব্যাণামবিজ্ঞায় বিধিং ধর্ম্ম্যং প্রতিগ্রহে।**
**প্রাজ্ঞঃ প্রতিগ্রহং কুর্য্যাদবসীদন্নপি ক্ষুধা। ১৮৭**

---

মরূপ মপিজাশিংনা পেল্লগা বৈশ্যদেবলোক, মরী-মতা থোকপা মীশিংনা পেনবিরগনা বরুণলোক অমসুং ইমা অমদি মামানা পেল্লগা সূর্য্যলোক ফংহল্লি॥ ১৮৩॥

অঙাং অহন, শাইদাংলবা মী অমসুং অনাবা মী—মখোয় অসিনা অতিয়াগী মপুনি, মরম অসিনা মখোয়গা য়েংথীনদ্রবদি মখোয়গী থৌজান্দগী নোংদোল থক্তা লৈবা লোক অতু ফংই। ঈয়াম্বা অহন্দি ইপাগা মান্নে, মরম অতুনা মহাকসু প্রজাপতি লোককী মপু ওই, নূপীগা ইচানিপাগদি ঐ ইশামক্তা মান্নে মরম অতুনা মখোয়গদি করম্নবু খৎনরুবা হৌনবগে?॥ ১৮৪॥

মীনাই-মীশলদি মতম পুম্নমক্তা ঐগী ফোরোয় ইনবনি, মরম অতুনা মখোয়দি ইশাগী মি অসিগুম্বনি খনগনি অতুগা ইচা-নিঙোল্না খ্বায়দগী হেন্না নুংশিফম থোকপা অমনি। মরম অতুনা মখোয় অসিনা ওৎপা নৈবা তৌরবমকসু পূক্কিঙ্ ফাতুনা মতু থাঙ্-গদবনি, কৈদৌঙৈদসু মখোয়গা খৎন-চৈনরোইদবনি॥ ১৮৫॥

মহৈগী গুণনা লৈতেংলবা মীশিংনা দান লৌবগী অধিকার (হক) লৈরবসু মতুদা হেন্না পামশিনবদি তৌরোইদবনি; মরমদি দান লৌবনা ব্রাহ্মণগী তেজ মাঙ্থরকই॥ ১৮৬॥

পোৎ-চৈ দান লৌবদা শাস্ত্রনা তাকপা মতুগী হৌনবী অতু

**হিরণ্যং ভূমিমশ্বং গামন্নং বাসস্তিলান্ ঘৃতম্।**
**প্রতিগৃহ্ণন্নবিদ্বাংস্তু ভস্মীভবতি দারুবৎ।। ১৮৮**
**হিরণ্যমায়ুরন্নঞ্চ ভূর্গৌশ্চাপ্যোষতস্তনুম্।**
**অশ্বশ্চক্ষুস্ত্বচং বাসো ঘৃতং তেজস্তিলাঃ প্রজাঃ।। ১৮৯**
**অতপাস্ত্বনধীয়ানঃ প্রতিগ্রহরুচির্দ্বিজঃ।**
**অম্ভস্যশ্মপ্লবেনেব সহ তেনৈব মজ্জতি।। ১৯০**
**তস্মাদবিদ্বান্ বিভিয়াদ্যস্মাত্তস্মাৎ প্রতিগ্রহাৎ।**
**স্বল্পকেনাপ্যবিদ্বান্ হি পঙ্কে গৌরিব সীদতি। ১৯১**

---

নিঙ্থিনা খঙ্দ্রবদি অরাম-খৌরাংবনা লাকহৎলবমক্তদসু অশিংবা মীনা খক দান লৌরোইদবনি ॥ .৮৭ ॥

শ্রুতিশাস্ত্র হৈতবা অপঙবা মীনা সনা লৈবাক (লৌরী-যুম্ফম), শগোল, যণ, চেঙ-চাক, ফিরোন থোয়দিং অমদি ঘি—পোৎশিং অসিগী দান লৌববদি—অকংবা শীংনা মৈ শন্নরগা উৎ ওইনা মাঙবগুম মশাগী তেজ পুন্নমক লোইনবা মাঙখি ॥ ১৮৮ ॥

লাইরিক হৈতবা মীনা সনা অমসুং চেঙ-চাক দান লৌরবদি মাগী পুন্সী ময়েং তাই, লৈবাক অমদি যণবী দান লৌবগা মাগী মশা, শগোল দান লৌবগনা মমিৎ, ফি দান লৌবদনা মশাগী উনশা, ঘি দান লৌবগীনা মশাগী তেজ ( মতিক মঙাল ), থোয়দিং দান লৌবগনা মাগী মচা মশু পূন্নমক চাক্তনা মাঙই ॥ ১৮৯ ॥

নুংনা শাবা হি তোংত্রনা ঈশিং লানবদা হিগা লোয়ননা ঈশিংদা লুপ্পগুম বেদ তমদ্রবা অমদি জপ তপ অমত্তসু তৌদ্রবা অতুমদি ওইরগা দানদি লৌনিঙগনবা ব্রাহ্মণনা দান লৌবগা দান তৌবা মীগা নবক তামিন্নৈ ॥ ১৯০ ॥

মবম অতুনা লাইবিক হৈতবা মীদি থোক্লুবা মফম অমদগী হেক্তমক দান লৌবদা কিফম থোকই। মরমদি যণনা লৈখোমদা পুথবগুম মুর্খ ওইবা মীনা খজিক্তংত ওইরবসু দান ওইনা লৌরুরবদি নরক-তা তাদুনা তোকই ॥ ১৯. ॥

ন বার্য্যপি প্রযচ্ছেৎ তু বৈড়ালব্রতিকে দ্বিজে।
ন বকব্রতিকে বিপ্রে নাবেদবিদি ধর্ম্মবিৎ ॥ ১৯২
ত্রিষপ্যেতেষু দত্তং হি বিধিনাপ্যর্জ্জিতং ধনম্।
দাতুর্ভবত্যনর্থায় পরত্রাদাতুরেব চ ॥ ১৯৩
যথাপ্লবেনোপলেন নিমজ্জত্যুদকে তরন্।
তথা নিমজ্জতোঽধস্তাদজ্ঞৌ দাতৃপ্রতীচ্ছকৌ ॥ ১৯৪
ধর্ম্মধ্বজী সদালুব্ধশ্ছাদ্মিকো লোকদম্ভকঃ।
বৈড়ালব্রতিকো জ্ঞেয়ো হিংস্রঃ সর্ব্বাভিসন্ধকঃ ॥ ১৯৫
অধোদৃষ্টির্নৈষ্কৃতিকঃ স্বার্থসাধনতৎপরঃ।
শঠো মিথ্যাবিনীতশ্চ বকব্রতচরো দ্বিজঃ ॥ ১৯৬

---

দান ধর্ম্মগী মরম খঙ্বা মীনদি হোদোঙ্ লম্বোইবা শাবা নত্রগা বেদ হৈতবা ব্রাহ্মণবুদি ঈশিং ফাংবা পীরোইদবনি ॥ ১৯২ ॥

হৌনবী নিয়ম কায়দনা রানা তাঙ্গরবা মরলস্থু মথক্তা হায়খ্রিবা ব্রাহ্মণ মখল অহুম অসিদা দান তৌরুরবদি, অহুগুম্বা দান অহুনা অপীবস্থু অরৌবস্থু শিরগা নরক তানবা মরম ওই ॥ ১৯৩ ॥

নুংনা শাবা হি তোংহুনা ঈশিং লান্নবা হোৎনবদা হিগা লোয়-ননা ঈশিংদা লুপ্পগুম খঙ্দবা মীনা তৌবা দান লৌরবদি অপীবা অরৌবা অনিমক নরক তাই ॥ ১৯৪ ॥

শেল পামগনবা অমদি ধর্ম্ম লৈতবা মী ওইরবমক্তদা ধর্ম্ম খঙ্বা শানবগীদমক (মীবু উহন্নবগীদমক) ধর্ম্মগী খূদমনা মশাদা য়োম্বা, মশক খঙ্দনবা ফিজেৎ লৈতেং তৌবা (মশক লোৎপা), অহুগা মীবু নমথাক তৌবা, মীগী মাঙ্নবা তৌবদা হালেঙ্বা লৈতবা অমদি মীগী মগুন উরগা খাংওমদহুনা পূন্নমকপু করিস্থু লৈতবগুম্না থৌশাদবা—অহুগুম্বা মী অদুবু 'বিড়ালব্রতিক' (হোদোঙ্লম্বোইবা) হায়না কৌই ॥ ১৯৫ ॥

নোল্লুকপা মান্নবগীদমক মতম পূন্নমক্তা মমিৎ হম্থনা য়েংবা অমস্থুং অঙ্গীংবা অমোনবা মতৌত ওইহুনা লৈবা, অহুমদি ওইরগা

যে বকব্রতিনো বিপ্রা যে চ মার্জ্জারলিঙ্গিনঃ।
তে পতন্ত্যন্ধতামিস্রে তেন পাপেন কর্ম্মণা। ১৯৭
ন ধর্ম্মস্যাপদেশেন পাপং কৃত্বা ব্রতং চরেৎ।
ব্রতেন পাপং প্রচ্ছাদ্য কুর্ব্বন্ স্ত্রীশূদ্রদম্ভনম্॥ ১৯৮
প্রেত্যেহ চেদৃশা বিপ্রা গর্হ্যন্তে ব্রহ্মবাদিভিঃ।
ছদ্মনাচরিতং যচ্চ ব্রতং রক্ষাংসি গচ্ছতি॥ ১৯৯
অলিঙ্গী লিঙ্গিবেষেণ যো বৃত্তিমুপজীবতি।
স লিঙ্গিনাং হরত্যেনস্তির্য্যগ্‌যোনৌ চ জায়তে॥ ২০০

মন্নুংদনা মুংশিহৈতবা অমদি ওইজবা তানবদা হালেংদবা লৌনম-চাউবা, তুথশিন্নবা অদুগুম্বা দ্বিজ অদুদি 'বকব্রতিক' ( উরোক ঙাচাদবা ) হায়না কৌই ॥ ১৯৬ ॥

অসিগুম্বা বকব্রতী অমসুং বিরালব্রতী ওইবা ব্রাহ্মণশিং অদুদি মদুগী পাপমক্তনা অন্ধতামিস্র কৌবা নরক অদুদা তাই ॥ ১৯৭ ॥

পাপ কোকুবা প্রায়শ্চিত্ত তৌবা মতমদা মাগী পাপ অদুদি লোৎলগা 'ধর্ম্মগীদমক্তা তৌজরিবা ব্রতনি' অসুম হায়শিন্নদুনা নুপী অমসুং শূদ্রশিংবু ফাওবা শুম্নত্তনা প্রায়শ্চিত্তগী থবক থক তৌরোইদবনি ॥ ১৯৮ ॥

মীনম শোরিদুনা অসুম্না ব্রতনচিংবা তৌরবদি মদু হিংচাব-শিংনা চাদুনা তোকই। অসিগুম্বা ব্রত তৌবা ব্রাহ্মণশিংদি মীরম-লেন লাইরমলেন অনিমক্তা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণশিংনা নিন্দা তৌনৈ ॥ ১৯৯ ॥

অশেংবা ব্রহ্মচারীদি নত্তনা ব্রহ্মচারী শাশিন্নদুনা থ্বাঙ্‌লাক শবেং মউনগী উত্তরী ( অজিন ) চৈশুনচিংবা পায়দুনা কোয়না ভিক্ষা নিদুনা চাবা মী অদুদি ব্রহ্মচারীনচিংবগী পাপ পূন্নমক মহাক্না ফংই অমসুং মদুগী পাপনা হুইনচিংবা অত্তোনবা মপোক্তা পোকই ॥ ২০০ ॥

পরকীয়নিপানেষু ন স্নায়াচ্চ কদাচন।
নিপানকর্ত্তুঃ স্নাত্বা তু দুষ্কৃতাংশেন লিপ্যতে॥ ২০১
যানশয্যাসনান্যস্য কূপোদ্যান গৃহাণি চ।
অদত্তান্যুপযুঞ্জান এনসঃ স্যাৎ তুরীয়ভাক্॥ ২০২
নদীষু দেবখাতেষু তড়াগেষু সরঃসু চ।
স্নানং সমাচরেন্নিত্যং গর্ত্ত-প্রস্রবণেষু চ॥ ২০৩
যমান্ সেবেত সততং ন নিত্যং নিয়মান্ বুধঃ।
যমান্ পতত্যকুর্ব্বাণো নিয়মান্ কেবলান্ ভজন্॥ ২০৪

---

কৈদোঔঙেদস্সু মীগী পুখ্রীদা ঈরুজরোইদবনি, মতুদা ঈরুজরবদি পুখ্রী মপুনা পাপকী শরুক ফংই ( অতোপ্পা শাস্ত্র অমনা হায়রবদি—তুরেন্নচিংবা লৈতহুনা মীগীদা তাংহুনা ঈরুজবা তারবদি পুখ্রী অতুদগী লৈতূম মঙাদং মপান্দা লংখৎলগা লুজগদবনি ) ॥ ২০১ ॥

মীগী মপোৎ—গাড়ীনচিংবা তোংনবা, ফম্মুং, আসন, কুহা, লৈকোন, য়ুম—অসি পুন্নমক মপুনা য়াদনা শীজিন্নফরোই, শীজিন্নরবদি পোৎ মপুগী পাপ অতুগী শরুক মরি থোকপগী শরুক অমা ফংই॥ ২০২॥

হুমিৎ খূদিঙ্গী পাৎ, তুরেন, পুখ্রী-অশাংবা, পুখ্রী-অচৌবা, অমদি ক্রোশ মরিদি য়োদবা লমনা কোনবদা লৈবা অসিগুম্বা কুহা নত্রগা ঈফুৎতা ঈরুজগদবনি॥ ২০৩॥

মতম পুম্নমক্তা 'যম' সেবা তৌগনি, নিয়ম ঙাক্তস্সু তৌফরোই। যম সেবা অসি তৌদনা নিয়মতমক ঙাক্লবদি পতিত ওইবনা অনিমক ঙাক্না চৎকদবনি। ( ব্রহ্মচর্য্য, দয়া, ক্ষমা, ধ্যান, অচুম্বা ঙাঙবা, পূক্নিঙদা পাপ চেলহন্দবা, হিংসা তৌদবা, হূরান্দবা, লীচৎ-শাজৎ ফজবা—মখোয় অসিবু 'যম' কৌই। ঈরুজবা, রা ঙাঙদবা, চরাহেনবা, যাগ যজ্ঞ তৌবা, বেদ তম্বা, ইন্দ্রি থূহ্নম চনবা, নিয়ম ঙাকপা, গুরুজনগী সেবা তৌবা, শেংনা লৈবা, শাউদবা, চেকশিনবা—মখোয় অসিবুনা 'নিয়ম' হায়না কৌই )॥ ২০৪॥

নাশ্রোত্রিয়ততে যজ্ঞে গ্রামযাজিকৃতে তথা।
স্ত্রিয়া ক্লীবেন চ হুতে ভুঞ্জীত ব্রাহ্মণঃ কচিৎ॥ ২০৫
অশ্লীকমেতৎ সাধুনাং যত্র জুহ্বত্যমী হবিঃ।
প্রতীপমেতদ্দেবানাং তস্মাত্তৎপরিবর্জ্জয়েৎ॥ ২০৬
মত্তক্রুদ্ধাতুরাণাঞ্চ ন ভুঞ্জীত কদাচন।
কেশকীটাবপন্নঞ্চ পদা স্পৃষ্টঞ্চ কামতঃ॥ ২০৭
ভ্রূণঘ্নাবেক্ষিতঞ্চৈব সংস্পৃষ্টঞ্চাপ্যুদক্যয়া।
পতত্রিণাবলীঢ়ঞ্চ শুনা সংস্পৃষ্টমেব চ॥ ২০৮
গবা চান্নমুপাঘ্রাতং ঘুষ্টান্নঞ্চ বিশেষতঃ।
গণান্নং গণিকান্নঞ্চ বিদুষা চ জুগুপ্সিতম্॥ ২০৯

---

বেদ হৈতবা ব্রাহ্মণনা হৌগৎপা যজ্ঞ, গ্রাম-যাজক ব্রাহ্মণ-শিংনা হোম তৌবা যজ্ঞ, নুপী নত্রগা নিপা নুপী খঙ্দবা মীনা হোম তৌবা যজ্ঞ, অদুগুম্বা যজ্ঞদা কৈদৌঙৈদস্তু ব্রাহ্মণনা চাফরোই॥ ২০৫॥

অসিগুম্বা ব্রাহ্মণনা হোম তৌবা যজ্ঞ অদুদি সাধু ওইবা মীশিংগী ইকাইখুম্নবা মাঙহল্লি অমসুং লাইশিংনস্তু য়াদে; মরম অদুনা অসিগুম্বা যজ্ঞদি থক তৌরোইদবনি হায়বদি অদুগুম্বা ব্রাহ্মণশিং অদুবু থক হোম তৌহল্লোইদবনি॥ ২০৬॥

অঙাওবা, শাউরবা, অমদি লায়থুং পকপা মীশিংগী চাক-তি থক চারোইদবনি। শম-তীন অসিনচিংবা তারবা চাক, অদুগা তৌগে হায়বা য়াওনা খোঙ্না শোক্লবা চাক—কৈদৌঙৈদস্তু চারোইদবনি॥ ২০৭॥

অঙাং য়ৈথবা অমদি যণ হাৎপা অসিনচিংবা পতিত ওইরবা মীশিংনা উখ্রবা চাক, মশা শেংদবী (থাগী খোংচৎ তম্লিবী) নুপীনা শোক্লবা চাক, কাক্লচিংবা উচেক্না হনথ্রবা অমদি হুই অমাদি য়েন্নচিং-বনা শোক্লবা চাক—মদুদি কৈদৌঙৈস্তু চারোইদবনি॥ ২০৮॥

ষণবীনা মনম নম্লবা চাক, থোইদোক্লদি—'চাদবা কনা য়াওরি, লাউ, চাক শেমদুনা লৈরে' অসুম্না পুং-শেল য়ৈদুনা কোয়রাউ

**স্তেনগায়নয়োশ্চান্নং তক্ষ্ণোর্বার্দ্ধুষিকস্য চ।**
**দীক্ষিতস্য কদর্যস্য বদ্ধস্য নিগড়স্য চ॥ ২১০**
**অভিশস্তস্য ষণ্ডস্য পুংশ্চল্যা দাম্ভিকস্য চ।**
**শুক্তং পর্য্যুষিতঞ্চৈব শূদ্রস্যোচ্ছিষ্টমেব চ॥ ২১১**
**চিকিৎসকস্য মৃগয়োঃ ক্রূরস্যোচ্ছিষ্টভোজিনঃ।**
**উগ্রান্নং সূতিকান্নঞ্চ পর্য্যাচান্তমনির্দ্দশম্॥ ২১২**

---

লাউরবা চাক, অচম্বা লম্বীদা লাকপা মীশিংগীদমক ওইনা তৌবা অসিগুম্বা চাক, মীয়াম তিন্নহনা লৈবা মঠ-ব্রাহ্মণশিংগী লৈকমগী চাক, ওক্তুবী নূপীগী চাক অমদি পণ্ডিতশিংনা নিন্দা তৌরবা অহু-গুম্বা চাক অহুদি থক চারুবা হৌনদে॥ ২০৯॥

হুরানবা, ঈশৈ তৌহনা চাবা, উ শূহনা চাবা মী, শেন্দোই চাবা মী, অগ্নিষোমীয়-যাগ তৌদনা যজ্ঞদা দীক্ষা তৌবা মী ( বরণ তৌখ্রবা ব্রাহ্মণ), অরিকপা অমদি মখোঙ্দা য়োহ্লিংফলাং থাংলবা মী—মখোয়গী চাক-তি থক চাফদে॥ ২১০॥

মহাপাতক্কী পাপ চেল্লবা মীনি হায়না মীনা মশক খঙ্নরবা মী, নিপা নূপী খঙ্দবা, মরমচৎ চুমদ্রবী নূপী, অমদি ধর্ম্মগী মিংদা লৌনম্বা—অসিগুম্বা মীগী চাকতি কৈদৌঙৈদসু চারোইদবনি। অপুম্বা, চজিক, শূদ্রগী চাক অমদি কনাগুম্বা অমগী লুথাক ওইরবা চাক থক চাফদে॥ ২১১॥

মাইবা শাহনা চাবা মী, শজিনচিংবা হাৎপা শাতানবা, মত্তাৎ চাউবা মী, চাহৈদবা পোৎ অমদি মীগী লুথাক চাবা মী অমদি মুংশিহৈতবা থবক তৌবা মী মখোয়গী চাকসু চাফদে। চাবোক-পীগীদমক থোংবা চাক, ময়াম চামিন্নরিঙৈদা মী অমনা হান্না আচমন তৌখ্রবদা অতৈগী চাকলুক্তা লৈহৌরিবা চাক ( পর্য্যাচান্ত-অন্ন ), য়ুম্মাংবা তরানি হেন্দ্রিঙৈগী চাবোকপা ইমুংগী ( য়ুমশেংদ্রি-ঙৈগী ) চাক থক চারোইদবনি॥ ২১২॥

অনর্চ্চিতং বৃথামাংসমবীরায়াশ্চ যোষিতঃ।
দ্বিষদন্নং নগর্য্যন্নং পতিতান্নমবক্ষুতম্॥ ২১৩
পিশুনানৃতিনোশ্চান্নং ক্রতুবিক্রয়িণস্তথা।
শৈলূষতুন্নবায়ান্নং কৃতঘ্নস্যান্নমেব চ। ২১৪
কর্ম্মারস্য নিষাদস্য রঙ্গাবতারকস্য চ।
সুবর্ণকর্ত্তুর্বেণস্য শস্ত্রবিক্রয়িণস্তথা॥ ২১৫
শ্ববতাং শৌণ্ডিকানাঞ্চ চৈলনির্ণেজকস্য চ।
রঞ্জকস্য নৃশংসস্য যস্য চোপপতির্গৃহে॥ ২১৬

---

থৌওই-উশীত্তনা পীরকপা চাক, লাইদা কত্তবা শা-ঙা, মচা-মরা লৈতবী (অবীরা) নূপীগী চাক, যেক্নবগী চাক, কতয়াল (নগরপাল=কোটাল) গী চাক, পতিতশিং (জাৎ তারবা মী) গী চাক, হাকৃথি-খঞ্জিনখ্রবা চাক—অসিগুম্বদি থক চারোইদবনি ॥ ২১৩ ॥

মী হুন্দুনা ভাঙ্বা মী, মিথ্যা সাক্ষী পীবা মী, শেল লৌদুনা যজ্ঞ ফল য়োম্বোকপা মী, জগোই শাবা মী, ফি-লোনবা-তূবা তৌদুনা চাবা মী, কান্ননবা তৌবা মীগী মাঙ্নবা তৌবা মী,—মখোয় অসিগী চাক চাবা হৌনদে ॥ ২১৪ ॥

য়োৎশূবা মী (কর্ম্মকার=শূদ্রনিংঙোলদা বিশ্বকর্ম্মানা শন্দোকপা জাতি অমা) নিষাদ (ধোবি, নাপেৎনচিংবা=বেনগী ঔরসতগী শন্দোকপা জ তি), নট (বর্ণ সঙ্কর জাতি=জগোই শাবা) ঈশৈ শকপদি নত্তনা রঙ্গ (কৃম্মৈ তৌফম, ষ্টেজ) দা কুমহুনা লীলা য়াওবা মীওই, সনা শাবা, রাচেৎ খায়বা (বেণু বিদারক), খুৎলাই য়োনবা—মখোয়গী চাক্তি চাবা য়াদে ॥ ২১৫ ॥

হুই লোইবা মী, য়ু লল্লোনবা মী, ধোবি, ফি মচু শঙ্বা মী, হুংশি হৈতবা (জীব হাৎপদা হালেংদবা), নূপীনা লোম্না মরুপ্নী থম্বা ইমুং—মখোয়গী চাক্তি চাকরোই ॥ ২১৬ ॥

ঘ্নন্তি যে চোপপতিং স্ত্রীজিতানাঞ্চ সর্ব্বশঃ।
অনির্দ্দশঞ্চ প্রেতান্নমতুষ্টিকরমেব চ ॥ ২১৭
রাজান্নং তেজ আদত্তে শূদ্রান্নং ব্রহ্মবর্চ্চসম্।
আয়ুঃ সুবর্ণকারান্নং যশশ্চর্ম্মাবকর্ত্তিনঃ ॥ ২১৮
কারুকান্নং প্রজাং হন্তি বলং নির্ণেজকস্য চ।
গণান্নং গণিকান্নঞ্চ লোকেভ্যঃ পরিকৃন্ততি ॥ ২১৯
পূয়ং চিকিৎসকস্যান্নং পুংশ্চল্যাস্ত্বন্নমিন্দ্রিয়ম্।
বিষ্ঠা বার্দ্ধুষিকস্যান্নং শস্ত্রবিক্রয়িণো মলম্ ॥ ২২০
য এতেঽন্যে ত্বভোজ্যান্নাঃ ক্রমশঃ পরিকীর্ত্তিতাঃ।
তেষাং ত্বগস্থিরোমাণি বদন্ত্যন্নং মনীষিণঃ ॥ ২২১

---

মশাগী নুপীনা মকম্বী থম্মী হায়বা খঙ্না খঙ্নমক ভুমিন্না অসুম খাঙ্হুনা লৈবা নিপা, নুপীনা হায়বিমথৈ য়াবা নিপা—মখোষগী চাক অতুগা মী শিবগী যুম্মাংলিবা ইমুংগী চাক, চানিঙ্বা পোক্তবা চাক্কী মখল—অসিগুম্বা চাকশিংসু চাবা হৌনদে ॥ ২১৭ ॥

নিংথৌগী মচেঙ্ (চাক) চাবদা ইশাগী তেজ মাঙই, শূদ্রনা থোংবা চাক চাবগা বেদ তম্বদগী ফংলকপা তেজ অহু মাঙ্ই, সনা শাবগী চাক চাবগা পুন্সী কক্ই, মুচিগী (শঙনগী থবক তৌবা মী) চাবগনা মিংচৎ মাঙ্ই ॥ ২১৮ ॥

শিল্পকাব (মীগী পূজাবী ওইবা মী) গী চাক চাবগা ইচা ইশু মাঙ্ই, ধোবিগী চাক চাবগনা পাংগল ময়েং তাই, হোটেল অমসুং ওক্তবী নুপীগী চাক চাবগা স্বর্গমক্তগীসু তাবকই ॥ ২১৯ ॥

মাইবা শাহুনা চাবা মীগী চাক চারগনা নাই থকপগা মান্নে, অসতী ওইবী নুপীগী চাক চাবগা বীর্য্য (যেল=হকচাংদগী থোকপা) থকপগা মান্নে, সেন্দোই চাবা মীগী চাক চারগা, অমাংবা (থী) চাবগা মান্নে অমসুং খুৎলাই ললোনবা মীগী চাক চাবগনা লোকতিন চাবগা মান্ননা তুক্কচনিঙাইনি থনগনি ॥ ২২০ ॥

অসুম ভৌনা মখোয় মখোয় অতুগী চাক্তি চাবা য়াদে হায়না

ভুক্ত্বাতোঽন্যতমস্যান্নমমত্যা ক্ষপণং ত্র্যহম্।
মত্যা ভুক্ত্বা চরেৎকৃচ্ছ্রং রেতো বিণ্মূত্রমেব চ ॥ ২২২
নাদ্যাচ্ছূদ্রস্য পকান্নং বিদ্বান শ্রাদ্ধিনো দ্বিজঃ।
আদদীতামমেবাস্মাদবৃত্তাবেকরাত্রিকম্ ॥ ২২৩
শ্রোত্রিয়স্য কদর্য্যস্য বদান্যস্য চ বার্দ্ধুষেঃ।
মীমাংসিত্বোভয়ং দেবাঃ সমমন্নমকল্পয়ন্ ॥ ২২৪
তান্ প্রজাপতিরাহৈত্য মা কৃঢ্বং বিষমং সমম্।
শ্রদ্ধাপূতং বদান্যস্য হতমশ্রদ্ধয়েতরেৎ ॥ ২২৫

---

অকরুনা থিংলিবা মীশকশিং অতুগী চাক-ঈনশাংদি পণ্ডিতশিংনা হায়—চাকশিং অতু মখোয়গী ঊনশা, শরা অমদি মতু ( মশাদা হৌবা ) গা অন্ধানি ॥ ২২১ ॥

মখোয়শিং অসিদগী খঙ্‌দতনা কবিগুম্বা চাক চারুবা থোক্ল-বদি অহিং অহুম চরা হেনগনি ; খঙ্‌না খঙ্‌না চারুরগনা কৃচ্ছ্রব্রত হায়বদি প্রাজাপত্যব্রত তৌগনি ( নুমিৎ ১২ চুপ্পা তৌবা ব্রত মখল অমা )। অসুম তৌনা বীর্য্য, অমাংবা ( থী ), অমসুং হক্কী ঈশিং ( য়ূং ) থকপগীসু প্রায়শ্চিত্ত অসিমক তৌগনি ॥ ২২২ ॥

বেদ হৈবা ব্রাহ্মণনা পঞ্চযজ্ঞ তৌদবা শূদ্রনা থোংবা চাক খক চারোইদবনি। অতুগা চরা হেনবা তাববদি অহিং অমগী চরাদংদি চেঙ্‌ ওইনা শূদ্রদগী লৌবা য়াই ॥ ২২৩ ॥

বেদদি হৈরগা যাম্না লীকপা অতুগা দানসু মতৌবা .সন্দোইসু মচাবা—অতুগুম্বা মীওই অনিমক অসিগী দোষ গুণ বিচার তৌহনা লাইশিংনা লেপ্লম্মী মতুদি—অনিমক অসিগী চাক-তি চপ মান্নৈ ॥ ২২৪ ॥

লাইশিংগী মনাক্তা লাক্লূনা ব্রহ্মানা হায়রকই—অমগা অমগা খেন্নবা মতুং ইন্না মখোয়গী চাকপুসু খক মান্নৈ হায়না খনগনু, মরমদি সেন্দোই চাবা মীনা দান তৌবা চাক অতুদি থাজবগা লোয়ননা কৎপা ওইবনা মতু অশেংবনি, অতুগা বেদ হৈবা অরিক্পা

শ্রদ্ধয়েষ্টঞ্চ পূর্ত্তঞ্চ নিত্যং কুর্য্যাদতন্দ্রিতঃ।
শ্রদ্ধাকৃতে হ্যক্ষয়ে তে ভবতঃ স্বাগতৈর্ধনৈঃ॥ ২২৬
দানধর্ম্মং নিষেবেত নিত্যমৈষ্টিকপৌর্ত্তিকম্।
পরিতুষ্টেন ভাবেন পাত্রমাসাদ্য শক্তিতঃ॥ ২২৭
যৎকিঞ্চিদপি দাতব্যং যাচিতেনানসূয়য়া।
উৎপৎস্যতে হি তৎপাত্রং যত্তারয়তি সর্ব্বতঃ॥ ২২৮
বারিদস্তৃপ্তিমাপ্নোতি সুখমক্ষয্যমন্নদঃ।
তিলপ্রদঃ প্রজামিষ্টাং দীপদশ্চক্ষুরুত্তমম্॥ ২২৯

---

মীনা কৎপা চাক অহুদি থাজবা লৈতনা কৎপা ওইবনা ফত্তবনি ( অমাংবনি ) অমসুং লৌবদা মতিক চাদে॥ ২২৫॥

যজ্ঞনচিংবা কর্ম্মবু 'ইষ্ট', অহুগা পুখ্রী তৌবনচিংববুনা 'পূর্ত্ত' হায়না কৌই। থাজবগা লোয়নন অপাম্বা থাদোক্তূনা মুমিৎ খুদিঙগী ইষ্ট অমদি পূর্ত্ত কর্ম্ম তৌগনি। মবম চুম্না তানবা শেলনা পুক্নিঙদা থাজবা যাওনা থবক অনি অসি তৌববদি অমাঙ-অতা লৈতবা ফল ফংই॥ ২২৬॥

বিদ্যা অমসুং তপস্যা তৌবদা থরায় য়াওবা ব্রাহ্মণ ফংলবদি পুক্নিঙ পেন্না মঙোন্দা অঙম্বা দান তৌগনি। অসিগুম্বা দান অসি-তনসু ইষ্ট পূর্ত্ত অনিগী ফল অহু ফংই॥ ২২৭॥

কনাগুম্বনা করিগুম্বা খরা নিয়ববদি পুক্নিঙদা শাউনিঙবন-চিংবা পোক্তনা অঙম্বা পীখিগনি। অসুম তৌনা দান তৌরবদি দান তৌবিবা মী অহুগী পাপ পুন্নমক কোকহনবা ঙম্বা দান লৌবা মতিক চাবা মী অমা করিগুম্বদসু য়াওরকপা য়াই॥ ২২৮॥

ঈশিং দান তৌবনা পেনজবগী মুংঙাইবা অহু ফংই, চাক দান তৌবনা মতম পুন্নমক্তা মুংঙাইবা ওই, থোয়দিং দান তৌবনা মচা মশু ধারা ফংই অহুগা থাউমৈ কৎপনা নিঙথিবা মিৎ ফংই॥ ২২৯॥

ভূমিদো ভূমিমাপ্নোতি দীর্ঘমায়ুর্হিরণ্যদঃ।
গৃহদোঽগ্র্যাণি বেশ্মানি রূপ্যদো রূপমুত্তমম্ ॥ ২৩০
বাসোদশ্চন্দ্রসালোক্যমশ্বিসালোক্যমশ্বদঃ।
অনডুহঃ শ্রিয়ং পুষ্টাং গোদো ব্রধ্নস্য বিষ্টপম্ ॥ ২৩১
যানশয্যাপ্রদো ভার্য্যামৈশ্বর্য্যমভয়প্রদঃ।
ধান্যদঃ শাশ্বতং সৌখ্যং ব্রহ্মদো ব্রহ্মসার্ষ্টিতাম্ ॥ ২৩২
সর্ব্বেষামেব দানানাং ব্রহ্মদানং বিশিষ্যতে।
বার্য্যন্নগোমহীবাসস্তিলকাঞ্চন সর্পিষাম্ ॥ ২৩৩
যেন যেন তু ভাবেন যদ্‌যদ্দানং প্রযচ্ছতি।
তত্তত্তেনৈব ভাবেন প্রাপ্নোতি প্রতিপূজিতঃ ॥ ২৩৪

---

লৈপাক কৎপনা লৈপাক ফংই। সনা দান তৌবনা পুন্সী শুংশাংই, যুম দান তৌবনা মশাগী যুম অফবা ময়াম ফংই, লুপা কৎপনা মশক-মতৌ ফজৈ ॥ ২৩০ ॥

ফি দান তৌবনা চন্দ্রলোক ( থাগী লৈবাক ) তা লৈবা ফংই, শগোল কৎপনা অশ্বিলোক ( নক্ষত্রলোক ? ) ষণ লাবা ( কাও ) কৎপনা মপাল নাইদবা মবল-মথুম ফংই অতুগা ষণবী কৎপনা সূর্য্যলোক ফংই ॥ ২৩১ ॥

রথ দোলাইনচিংবা কৎপনা পুক্সিঙ্‌না পাম্বা নূপী ফংই, কিরবা মীবু অকিবা কোকহনবীবদি মবল-মথুম য়াম্না ফংই, কৌ দান তৌবনা মতম শাংনা শুংঙাইবা ফংই অতুগা বেদবু দান তৌবদি ব্রহ্মামক্কা মান্নবা গতি ফংই ॥ ২৭২ ॥

চাক-ঈশিং, ষণবী, লৈপাক ( লৌ-ইংখোল ), ফি, থোয়দিং, সনা অমস্তুং ঘি—পুম্নমক অসি দান তৌবদগীদি বেদ তম্বীবা হায়বা দান অদু তৌবনা খ্বায়দগী মহৈ চাউবা হেল্লি ॥ ২৩৩ ॥

স্বর্গ অমদি অরানবা থুবম ফংনিঙ্‌বা অসিনচিংবা ফল পাননুনা তৌখিবা দান পুম্নমক অদুগী মহৈনা প্রতি পূজা তৌদুনা

যোঽর্চ্চিতং প্রতিগৃহ্ণাতি দদাত্যর্চ্চিতমেব চ।
তাবুভৌ গচ্ছতঃ স্বর্গং নরকন্তু বিপর্য্যয়ে ॥ ২৩৫
ন বিস্ময়েত তপসা বদেদিষ্ট্বা চ নানৃতম্।
নার্ত্তোঽপ্যপবদেদ্বিপ্রান্ ন দত্ত্বা পরিকীর্ত্তয়েৎ ॥ ২৩৬
যজ্ঞোঽনৃতেন ক্ষরতি তপঃ ক্ষরতি বিস্ময়াৎ।
আয়ুর্বিপ্রাপবাদেন দানঞ্চ পরিকীর্ত্তনাৎ ॥ ২৩৭
ধর্ম্মং শনৈঃ সঞ্চিনুয়াদ্বল্মীকমিব পুত্তিকাঃ।
পরলোকসহায়ার্থং সর্ব্বভূতান্যপীড়য়ন্ ॥ ২৩৮

---

( মাবু মীনা পূজা কত্তূনা ) মতুংগী মপোক্তা অতু অতুগুম্বা ফল অতু হেক হেক ফংলুই ॥ ২০৪ ॥

লাইদা পূজা তৌতুনা কৎলবা পোং অতু কথোক্লবদি অরৌবস্থু অকৎপস্থু স্বর্গ কামিন্নে, অতুগা মসিগী ওন্ন-তৈনবা তৌরগনা অনিমক নরক তামিন্নে ॥ ২৩৫ ॥

পাঙ্‌থোকপদা রারবা চান্দ্রায়ণব্রত ( পানখৎলকপা নোংমা পানবদগীনা অমাবস্যা ফাওবদা শেম্বা চাবগী নিয়ম অমা ) নচিংবা তৌরগা "অস্থুক রাবসিবু ঐনা কমদৌনা পাঙ্‌থোকখ্রিবনো" অস্থুন্না থক ঙক্কা খল্লোইদবনি ; যাগ-যজ্ঞ তৌরগা মীনম্বা থক ঙাঙ্‌লোইদবনি ; ব্রাহ্মণনা ওৎলবমকস্থু মাবু থক তাথীরোইদবনি : দান তৌরগা কৈদৌঙৈদস্থু মদুবু শীংথানরোইদবনি ॥ ২৩৬ ॥

ওইদবা ঙাঙ্‌লগা যজ্ঞ ফল মাঙ্‌ই, মশাগী তপস্যাগী মরমদা মথন্তা ঙকচরবদি চান্দ্রায়ণনচিংবা ব্রতগী ফল মাঙ্‌ই, ব্রাহ্মণ তাথীরগা পুন্সী মাঙ্‌ই, তৌখ্রবা দানবু মীঙোন্দা শীংথানরুরবদি দানগী ফল মাঙ ই ॥ ২৩৭ ॥

লৈশোনা লৈরীক মচা মচা চেন্দুনা লৈপুং থোনবগুম লাইরমলেনদা মতেং ওইনবগীদমক কনাবুস্থু ওৎপা-নৈবা লৈতনা ধর্ম্মগী থবক মচা মচা তৌতুনা পুনশিনগনি ॥ ২৩৮ ॥

নামুত্র হি সহায়ার্থং পিতা মাতা চ তিষ্ঠতঃ।
ন পুত্ত্রদারা ন জ্ঞাতির্ধর্ম্মস্তিষ্ঠতি কেবলঃ ॥ ২৩৯
এক প্রজায়তে জন্তুরেক এব প্রলীয়তে।
একোঽনুভুঙ্‌ক্তে সুকৃতমেক এব চ দুষ্কৃতম্ ॥ ২৪০
মৃতং শরীরমুৎসৃজ্য কাষ্ঠলোষ্টসমং ক্ষিতৌ।
বিমুখা বান্ধবা যান্তি ধর্ম্মস্তমনুগচ্ছতি ॥ ২৪১
তস্মাদ্ধর্ম্মং সহয়ার্থং নিত্যং সঞ্চিনুয়াচ্ছনৈঃ।
ধর্ম্মেণ হি সহায়েন তমস্তরতি দুস্তরম্ ॥ ২৪২
ধর্ম্মপ্রধানং পুরুষং তপসা হতকিল্বিষম্।
পরলোকং নয়ত্যাশু ভাস্বন্তং খশরীরিণম্ ॥ ২৪৩

---

ইপা, ইমা, নূপী, ইচানিপা অমদি শাগে-নাতে মখোয় কনা-মসু লাইরৈবাক্তা ইতেং পাংবীনবা খক চোংথোরক্তে, ধর্ম্মতনা মতম অতুদা মফম অতুগী মরূপনি ॥ ২৩৯ ॥

থরায়-পানবনা মথন্তা থোকলকই ( পোক্লকই ), মথন্তা মাঙ্-জখি ; অতুগুমতুনা ঐনা তৌজবা অফ-ফত্ত থবক্কী মহৈসু ইথন্তনা মফংজে ॥ ২৪০ ॥

তিন্নবা মব্বাপ-মপাং, মরী-মতা পুন্নমক্লা অশিবা হকচাংবু উ অকংবা নত্রগা লৈপাক লৈতুমগুম লৈপাক্তা হুন্দোক্লম্লগা মমায় লৈথোক-লৈথোক্তুনা চৎনখি, মশাগী ধর্ম্মতনদি মাগী মতুং ইল্লকই ॥ ২৪১ ॥

মরম অসিনা লাইরমলেনদা মতেং ফংনবগীদমক হুমিৎ থুদিঙ্‌গী খজীক খজীক ওইনা ধর্ম্ম তানশিনগদবনি। ধর্ম্মগী মতেংতনা রারবা কিরবা নরকনচিংবদগী ইবায় লায়না নাম্থোকপা য়াই ॥ ২৪২ ॥

ধর্ম্মগী তেজনা মঙান চাউরবা অমদি প্রাজাপত্যনচিংবা ব্রতনা পাপ কোক্লবা, ধর্ম্মদা পূক্নিঙ্ যুংজবা মী অদুবু ব্রহ্মগী মশক

উত্তমৈরুত্তমৈর্নিত্যং সম্বন্ধানাচরেৎ সহ। 
নিনীষুঃ কুলমুৎকর্ষমধমানধমাংস্ত্যজেৎ ॥ ২৪৪
উত্তমানুত্তমান্ গচ্ছন্ হীনান্ হীনাংশ্চ বর্জয়ন্।
ব্রাহ্মণঃ শ্রেষ্ঠতামেতি প্রত্যবায়েন শূদ্রতাম্ ॥ ২৪৫
দৃঢ়কারী মৃদুর্দান্তঃ ক্রূরাচারৈরসংবসন্।
অহিংস্রো দমদানাভ্যাং জয়েৎ স্বর্গং তথাব্রতঃ ॥ ২৪৬
এধোদকং মূলফলমন্নমভ্যুদ্যতঞ্চ যৎ।
সর্বতঃ প্রতিগৃহ্ণীয়ান্মধ্বথাভয়দক্ষিণাম্ ॥ ২৪৭

ওইহন্দুনা ধর্মতনা মাবু হেক শিবগা থীন্দনা ব্রহ্মলোক তান্না পুখৎপি ॥ ২৪৩ ॥

মশাগী শাগৈ চিংখৎনবগীদমক্তা মহৈ হৈবা অমসুং লমচৎ ব্যবহার থঙ্বা অফ-অফবা মীওইশিংগা লোয়ননা চারৌ মৌরৌনবগী থবক তৌনগনি, ঐঙোন্দগী হেন্না ফণৎখিবা শাগৈ ফংবা ঙমদ্রগা থোং মান্নবা মফম খনগনি অতুমদি ওইরগা অতোনবা শাগৈগদি কৈদৌঙৈদসু ঙাই-শেন ওইনরুবা হৌনদে ॥ ২৪৪ ॥

তোপ্স-তোপ্সখিবা শাগৈ মথৈবু থাদোক্লন্নগা অসুম অসুম অফ-অফবা শাগৈতগা ঙাই-শেন ওইনরবদি ব্রাহ্মণগী মথং মথং অফবতা ওইরকই অতুগা হস্থবগা মরী থন্নরগনা অসুম অসুম হস্থরক্তূনা মমৈদা শূদ্রগা পাঙ্খক ওইরকই ॥ ২৪৫ ॥

অফবা থবক তৌবদা পূক্নিঙ্ চপয়ুংবা, তপ্পা ঈংবা অমসুং ইন্দ্রি থুতুম চল্লবা, মরমচৎ চুমদবশিংগা তোৎন-তিন্নবা তৌদবা, মীগী মাঙ্নবা থক তৌদ্রবা—অসিগুম্বা ব্রতশিং অসি ঙাক্না চৎপা মীনা নিয়ম ( তপস্যা ), দন ( পূক্নিঙ্-লাকপা ), ইন্দ্রি লাকশিনবা অমসুং দান তৌবা—মরমশিং অসিনা স্বর্গবু লায়না জয় তৌই ॥ ২৪৬ ॥

শীং ( উ অকংবা ), ঈশিং, উহৈ রাহৈ, লৈমুংদা পান্নবা অচা-পোৎ, থোইহী অমসুং চেঙ্নচিংবা পোৎশিং অসি হিংনা হিংনা

আহৃতাভ্যুদ্যতাং ভিক্ষাং পুরস্তাদপ্রচোদিতাম্‌ ।
মেনে প্রজাপতির্গ্রাহ্যামপি দুষ্কৃতকর্ম্মণঃ ॥ ২৪৮
নাশ্নন্তি পিতরস্তস্য দশবর্ষাণি পঞ্চ চ ।
ন চ হব্যং বহত্যগ্নির্যস্তামভ্যবমন্যতে । ২৪৯
শয্যাং গৃহান্‌ কুশান্‌ গন্ধানপঃ পুষ্পং মণীন্‌ দধি ।
ধানা মৎস্যান্‌ পয়ো মাংসং শাকঞ্চৈব ন নির্ণুদেৎ ॥২৫০
গুরূন্‌ ভৃত্যাংশ্চোজ্জিহীর্ষন্নর্চিষ্যন্‌ দেবতাতিথীন্‌ ।
সর্ব্বতঃ প্রতিগৃহ্ণীয়ান্ন তু তৃপ্যেৎ স্বয়ং ততঃ ॥ ২৫১

---

( থোংদনা ) নিরুবা নত্তনা মথন্তা লাকচরবদি ( পুরক্লবদি ) শূদ্রনচিংবা পূন্নমক্তগীসু লৌবা য়াই, অতুমদি ওইরগা ওক্তবী নূপী, নপুংসক, জাৎ তাবা, য়েক্লবা—মখোয়দগীদি থক লৌরুকদে । অহিংবা পোৎতি শূদ্রদগীসু লৌবা য়াই, অতুগা চণ্ডালনচিংবদগীসু মখোয়না অকিবা কোকপিবগী দান অতুদি লৌবা য়াই ॥ ২৪৭ ॥

অপীবা মীনা মশানা পুজরক্তূনা ‘লৌবিয়ু সে’ হায়তুনা নিরুবসু নত্তনা লৌগদবা মীগী মাঙদা থন্নবা, হান্নদগী খঙনবা নত্তবা অসিগুম্বা ভিক্ষা মথল অসিদি ওইনিঙবা ওইসনু পাপীমক্তগীসু লৌবা য়াই হায়না ব্রহ্মামক্না য়াবীখি ॥ ২০৮ ॥

হায়রিবা অসিগুম্বা ভিক্ষা লৌদবা মী অতুদি, মহাক্না মপা মপুশিংগীদমক পীবা পোৎ পূন্নমক মপা মপুশিং অতুনা চহি ১৫ ক্ষাওবা লৌবিদে অমদি ৈনসু অতুগুম্বা মীনা কৎপা হব্যগী পোৎতি লাইরৈবাক্তা থক পুতুনা চত্তে ॥ ২৪৯ ॥

ফম্মুং, য়ুম, কুশ, কর্পূরনচিংবা মনম হুংশিবা পোৎ, ঈশিং, লৈ, মণি, শংগোম-অফম্বা, যবকী চেঙ, ঙা, শংগোম অনৌবা, শাঙা অমসুং মনা-মশীং—পূন্নমক অসিসু নিরুদনা থুংলরবদি লৎনরোইদবনি ॥ ২৫০ ॥

ইপা ইমানচিংবা লাইগুরুগী অমদি নূপী অঙাংনচিংবা ইমুংমন্নুংগী শেৎনা-চানবগীদমক্তদি, নত্রগা লাইগী সেবা অমদি অতিথি-

শুশ্রূষুস্তদভাবে তেষু বিনা বা তৈর্গৃহে বসন্।
আত্মনো বৃত্তিমন্বিচ্ছন্ গৃহ্ণীয়াৎ সাধুতঃ সদা ॥ ২৫২
আর্দ্ধিকঃ কুলমিত্রঞ্চ গোপালো দাসনাপিতৌ।
এতে শূদ্রেষু ভোজ্যান্না যশ্চাত্মানং নিবেদয়েৎ ॥ ২৫৩
যাদৃশোঽস্য ভবেদাত্মা যাদৃশঞ্চ চিকীর্ষিতম্।
যথা চোপচরেদেনং তথাত্মানং নিবেদয়েৎ ॥ ২৫৪
যোঽন্যথা সন্তমাত্মানমন্যথা সৎসু ভাষতে।
স পাপকৃত্তমো লোকে স্তেন আত্মাপহারকঃ ॥ ২৫৫

---

শিংগী সেবাগীদমক্তদি পতিত-তি নত্তনা শূদ্রনচিংবা মীগী মফমদগী দান লৌবা য়াই—ইশাগী পূক থনহন্নবগীদমক্তি মতুথক তৌফ-রোই ॥ ২৫১ ॥

ইমা ইপানচিংবা শিন্নবদি নত্রগা হিংলবসু যোগ সাধননচিংবা তৌহ্না তোঙান্না লৈগ্রবদি, ইশাগী থরায় হিংনবগীদমক সাধুজন-শিংদগী মতম পূন্নমক্তা দান লৌগনি ॥ ২৫২ ॥

মশাগী লৌ উবীবা মী, অহল্লম্মন হাক্তক্তগী শাগৈ মশেল লুনা তিন্নরকপা মরূপ, ঐগী যণ-ইরোই ঙাকপি-শেনবীবা মী, মীনাই ওইনা ঐগী সেবা তৌবা মী, ইশম-ইকোই ককপিবা নাপেৎ—শূদ্র ওইরবসু মখোয় অসিগী চেঙ্‌দি চাবা য়াই, অতুগা মী অমগী মফমদা মশা কথোক্লরবা নত্রগা নিজররবা অতুগুম্বা মী অতুগী মচেঙ্‌সু চাবা য়াই ॥ ২৫৩ ॥

শূদ্রনা, মানা কবম্বা বংশদা পোক্লকপা, করি থবক তৌনিঙ্‌-লিবা, করম্বা মখলগী সেবা তৌবা ঙমগদবা—অসি পূন্নমক শেংনা পন্দুনা হায়জববু আত্মনিবেদন (মশা কথোকপা) হায়না কৌই ॥ ২৫৪ ॥

কনাগুম্বা মী অমনা মাগী শাগৈ-নাতৈ, হৌরকফম অমদি মশিলনচিংববু অতোপ্পা অমা ওইনা সাধুশিংদা উৎ চাইহ্না ওইদব অমা হেক্তা হায়জিনবা অতুগুম্বা মী অতুদি সংসার অসিদা অথোইব

**বাচ্যর্থা নিয়তাঃ সর্ব্বে বাঙ্মূলা বাগ্বিনিঃসৃতাঃ।**
**তাংস্তু যঃ স্তেনয়েদ্বাচং স সর্ব্বস্তেয়কৃন্নরঃ॥ ২৫৬**
**মহর্ষিপিতৃদেবানাং গত্বানৃণ্যং যথাবিধি।**
**পুত্রে সর্ব্বং সমাসজ্য বসেন্মাধ্যস্থমাশ্রিতঃ॥ ২৫৭**
**একাকী চিন্তয়েন্নিত্যং বিবিক্তে হিতমাত্মনঃ।**
**একাকী চিন্তয়ানো হি পরং শ্রেয়োঽধিগচ্ছতি॥ ২৫৮**
**এষোদিতা গৃহস্থস্য বৃত্তির্বিপ্রস্য শাশ্বতী।**
**স্নাতকব্রতকল্পশ্চ সত্ত্ববৃদ্ধিকরঃ শুভঃ॥ ২৫৯**

---

পাপ চেনবনি। মশানা মশাগী আত্মাবু লোৎচবা মী অত্থদি তশেংবা হূবানবনি॥ ২৫৫॥

পোৎ পূন্নমক রাহৈদা লৈবা ঙাক্তনি; পোৎ পূন্নমক রাহৈগী মশক্তি, রাহৈদগী পোৎ পূন্নমক থোকখিবনি। ওইদবা মীনম্বা হায়তুনা অত্থগুম্বা রাহৈ অদূবু হূনবা মী অত্থদি মানা হূবদা ওমদবা করিগুম্বা অমত্তসু মরৈত্রে॥ ২৫৬॥

বেদ তম্বনা ঋষিশিংগী লম্মন, মচানিপা পোকপনা ইপা ইপু-শিংগী লম্মন অত্থগা যাগ-যজ্ঞনচিংবা তৌবনা লাইগী লম্মন-শিংবা হায়বত্থ ওইত্থনা মতিক চাবা মচানিপাদা ইমুং মনুংগী য়োকপা-থাকপগী ভার পূন্নমক শিন্নরগা নূপী অঙাং অমদি মরল-মথুম্মচিংবা পূন্নমক্কী অপাম্বা থাদোক্তুনা ময়ায ওইবা অবস্থাদা যূমদা অত্থম্মক লৈগনি॥ ২৫৭॥

অসিগুম্বা অবস্থাদা লৈরবা মীনা মথন্তা অচীকপা মফমদা লৈরগা মতম পূন্নমক্তা মশাগী কান্নবা ( পরমার্থ ) রাখল খনগনি। অসুম্না মথন্তা ধ্যান তৌবদা পূক্নিঙ্ চঙ্লবদি ব্রহ্মমক হকথেংন-রক্তুনা মত্থনা খ্বায়দগী হেনবা মহৈ ফংহল্লকই॥ ২৫৮॥

য়ুম্বানবা ব্রাহ্মণশিংগী পুক্নীদা চৎকদবা মথৌ-মশিলনচিংবগী য়াম্নমদি হায়রিবসিনি অমদি সত্ত্ব-গুণ হেনগৎহল্লবা ওইবা অত্থগুম্বা

অনেন বিপ্রো বৃত্তেন বর্ত্তয়ন্ বেদশাস্ত্রবিৎ।
ব্যপেতকল্মষো নিত্যং ব্রহ্মলোকে মহীয়তে॥ ২৬০
ইতি মানবে ধর্ম্মশাস্ত্রে ভৃগুপ্রোক্তায়াং
সংহিতায়াং চতুর্থোঽধ্যায়ঃ॥ ৪॥

---

মঙ্গলগী মশক ওইরবা স্নাতক-ব্রতগী নিয়ম পূন্নমকস্নু হায়খ্রব-সিনি॥ ২৫৯॥

অসিগুম্বা শাস্ত্রনা লেপ্লম্নবা লোনচৎ-ব্যবহার অসিনা পুন্সী লমজিংনবা বেদ খঙ্বা ব্রাহ্মণ অহ্নদি মতম পূন্নমক্তা হুমিৎ খুদিঙ্গী তৌফম থোকপা মথৌ পূন্নমক নিঙথিনা পাঙথোকপগী মহৈতনা মশাগী পাপ পূন্নমক ময়েং তাখিহ্নুনা মমৈদা ব্রহ্মদা তিঞ্জহ্নুনা খ্বায়-দগী হেনবা মহিমা ( মতিক মগুণ ) অহ্ন ফংই॥ ২৬০॥

মরিগুবা অধ্যায়গী মৈতৈরোনগী শরূক লোইরে।

---

## পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ

শ্রুত্বৈতানৃষয়ো ধর্ম্মান্ স্নাতকস্য যথোদিতান্।
ইদমূচুর্ম্মহাত্মানমনলপ্রভবং ভৃগুম্॥ ১
এবং যথোক্তং বিপ্রাণাং স্বধর্ম্মমনুতিষ্ঠতাম্।
কথং মৃত্যুঃ প্রভবতি বেদশাস্ত্রবিদাং প্রভো॥ ২

---

ঋষিশিংনা, স্নাতক গৃহস্থ (ব্রহ্মচর্য্য ব্রত চৎপা লোইরগা বেদগী মন্ত্রনা হৌনবী অভিষেক তৌহ্নুনা ইরুজথোক্লগা য়ুমদা হল্লক্লবা মীবু স্নাতক কৌই) গী অসিগুম্বা হায়খ্রিবা ধর্ম্ম পূন্নমক অসি তাগা মৈদগী পোকপা মহাত্মা ভৃগুদা হংলকই—( মনুগী মচা ভৃগুনা মপোক অমদা মৈদগী থোক্লকখি )॥ ১॥

হে প্রভু! শাস্ত্র হৈবা ব্রাহ্মণশিংনা অস্নুম তৌনা মাগী মাগী·

স তানুবাচ ধর্ম্মাত্মা মহর্ষীন্ মানবো ভৃগুঃ।
শ্রূয়তাং যেন দোষেণ মৃত্যুর্বিপ্রান্ জিঘাংসতি ॥ ৩
অনভ্যাসেন বেদানামাচারস্য চ বর্জ্জনাৎ।
আলস্যাদন্নদোষাচ্চ মৃত্যুর্বিপ্রান্ জিঘাংসতি ॥ ৪
লশুনং গৃঞ্জনঞ্চৈব পলাণ্ডুং কবকানি চ।
অভক্ষ্যাণি দ্বিজাতীনামমেধ্যপ্রভবাণি চ ॥ ৫
লোহিতান্ বৃক্ষনির্য্যাসান্ ব্রশ্চনপ্রভবাংস্তথা।
শেলুং গব্যঞ্চ পেয়ূষং প্রযত্নেন বিবর্জ্জয়েৎ ॥ ৬

---

ধর্ম্মনা তাকপা মথৌ পূন্নমক হৌনবী কায়দনা তৌরবমক্তদস্থ বেদনা হায়বা মপুন্সী অ১ লোইনা ফংদনা লম্মুখাঙ্দা করিগীদমক শিনরিবনো ? ॥ ২ ॥

ধর্ম্মাত্মা ওইবা মনুগী মচানিপা ভৃগুনা মতম অদুদা মহর্ষি-শিংদা হায়রকই—অশিবনা ব্রাহ্মণশিংগী থরায় চুপ্পগী দোষ অদু তাবীয় ॥ ৩ ॥

বেদ তমদ্রবদি, সদাচার থাদোক্লবদি, মথৌ তৌবদা তল্লবদি অদুগা অমাংবা ফত্তবা চীঞ্জাক চারবদি অশিবনা ব্রাহ্মণগী থরায় চুপ্পী ॥ ৪ ॥

তিলহৌ, চনম, গাজর, ছত্রাক (যস্থীয়েন-উয়েন্নচিংবা) অমসুং অমাং-অশোয়নচিংবদগী হৌরকপা পোৎশিংদি দ্বিজশিংনা চাবা য়াদে ॥ ৫ ॥

কনশিনথ্রবা উগী অঙাঙ্বা মনপ্, উ ককথৎলগা থোরকপা রস ( মহী ), শেলু ( বহুবারক ফল ), মচা পোকপদা ঙায়রিবী মণবী মথোম ( সুমিৎ ১০নি শুদ্রিদৈঙী ) গা মান্নরবা বিষ্কা ওল্লবা শংগোম—হায়রিবশিং অসি ব্রাহ্মণশিংনা চেকশিন্না হোৎনদুনা চারোইদবনি ॥ ৬ ॥

বৃথাকৃসরসংযাবং পায়সাপূপমেব চ।
অনুপাকৃতমাংসানি দেবান্নানি হবীংষি চ॥ ৭
অনির্দ্দশায়া গোঃ ক্ষীরমৌষ্ট্রমৈকশফং তথা।
আবিকং সন্ধিনীক্ষীরং বিবৎসায়াশ্চ গোঃ পয়ঃ॥ ৮
আরণ্যানাঞ্চ সর্ব্বেষাং মৃগাণাং মাহিষং বিনা।
স্ত্রীক্ষীরঞ্চৈব বর্জ্জ্যানি সর্ব্বশুক্তানি চৈব হি॥ ৯
দধি ভক্ষ্যঞ্চ শুক্তেষু সর্ব্বঞ্চ দধিসম্ভবম্।
যানি চৈবাভিষূয়ন্তে পুষ্প-মূল-ফলৈঃ শুভৈঃ॥ ১০

---

লাইদা কৎনবা থোংবা নত্তনা মশাগী চানবা ওইনা থোংবা চেঙ্ থোয়দিং য়ান্নহনা থোংবা চাক, শংগোম-চুহী-ঘি য়াওনা তোং-লবা গেহুনচিংবগী য়াম মকুপ, শংগোমদা থোংবা চাক ( ক্ষীর ), পিষ্টক ( থোয়দিং মকুপ নত্রগা তল জাৎ অমা ), অমসুং মন্ত্রনা শেংদোক্ত্রিবা শা-ঙা লাইদা কত্রিডৈগী নৈবেদ্যনচিংবা অচাপোৎ অমদি হোম তৌদ্রিডৈগী ঘিনচিংবা হবিগী পোৎলমশিং—পুন্নমক অসি চাহৈদে॥ ৭॥

যণ-ইরোইনচিংবা মখোম চানরিবা শাশিং অসিনা মচা পোকপা হুমিত্তগীনা ১০নি হেন্দ্রিডৈ ফাওবগী মখোযগী মখোম, উট মখোম, শগোলনচিংবা লোঙ্খুম অমত্তা পানবা শাগী মখোম, ঋতু ওইরিবী যণবীগী মখোম, মচা লৈত্রবা নত্রগা শিখ্রবা যণবীগী মখোম—মখোয় অসি থকহৈদে॥ ৮॥

ইরোই মখোম নত্তনা লমলকশা ( উমং রামংদা লৈবা ) পুন্নমক্কী মখোম, নুপীগী মখোম অমদি শুক্ত হায়বদি মশাগী অথুম্বা মহাউ চেনবা পোৎনা কুইনা থম্লগা শীঞ্জিল্লকপা অসিগুম্বা পোৎ মথৈস্সু চাবা থকপা তৌরোইদবনি॥ ৯॥

শুক্ত হায়বসিগী মনুংদা শংগোম অফম্বা, অফম্বদগী, ওনবা ঘোল অমসুং মাখোননচিংবদি চাবা য়াই। সোথৎনবা, মগুণ

ক্রব্যাদান্ শকুনীন্ সর্ব্বাংস্তথা গ্রামনিবাসিনঃ।
অনির্দ্দিষ্টাংশ্চৈকশফাংষ্টিট্টিভঞ্চ বিবর্জ্জয়েৎ॥ ১১
কলবিঙ্কং প্লবং হংসং চক্রাঙ্গং গ্রামকুক্কুটম্।
সারসং রজ্জুবালঞ্চ দাত্যূহং শুকসারিকে॥ ১২
প্রতুদান্ জালপাদাংশ্চ কোয়ষ্টিনখবিষ্কিরান্।
নিমজ্জতশ্চ মৎস্যাদান্ সৌনং বল্লূরমেব চ॥ ১৩
বকঞ্চৈব বলাকাঞ্চ কাকোলং খঞ্জরীটকম্।
মৎস্যাদান্ বিড়্বরাহাংশ্চ মৎস্যানেব চ সর্ব্বশঃ॥ ১৪

---

লৈবা লৈগী জাৎ, মরুগী জাৎ ( লৈহুংগী পোৎসু ) অমদি উহৈ পুন্নমকসু ঈশিংগা য়ান্নতুনা শেম্বদা শীল্লবদি মতুসু চাবা য়াই ॥ ১০ ॥

শাহিং চাবা লাঙ্জানচিংবা উচেক, লমখুন্নুনচিংবা লমলক্কী উচেক, গাধানচিংবা লোঙ্খুম অমত্তমক পানবা যজ্ঞগী থবক অমত্তদসু চমত্রবা শাগী জাৎ অমসুং টিট্টিভ ( উচেক জাৎ অমা ) —মখোয় পুন্নমক অসি চাহৈদে ॥ ১১ ॥

শেন্দাং, প্লব ( ভারাকপী ), কাংঙা, ভাহু থংগোং, লময়েন, রাইহু, রজ্জুবাল ( উচেক জাৎ অমা ), দাত্যূহ (অহিংদা খোংগনবা উচেক ) চোঙা তেনরা—হায়রিবা উচেকশিং অসিসু চাবা য়াদে ॥ ১২ ॥

মচীন্না খুৎলাই ওইনদুনা জীব হাত্তুনা চাবা উচেক, উতুবীন-চিংবা উচেক, মখোঙ্ খোঙ্জা ফাজিন্নবা শরারি হায়না কৌবা উচেক্ল-চিংবা; টিট্টিভ, মখুজীন্না হোত্তুনা চাবা খ্রঙ্নচিংবা উচেক, ঈশিংদা লুপ্লগা ঙা ফাদুনা চাবা ভারাকপীনচিংবা উচেক,—মখোয় অসিগী মশাসু চাবা য়াদে। শা-হাৎফমদা য়োম্নবগীদমক শেম-শাতুনা থম্বা অতুগুম্বা শা অমদি অকংবা শা—অসিসু চাবা য়াদে ॥ ১৩ ॥

উরোক, উরোক লম্প্রাই, ময়াংকাক, খাব্রাংচাক, কুম্ভীরন-চিংবা ঙা-ফাদুনা চাবা জীবশিং, অমাংবা ( থী ) চাবা ওক-নচিংবা ( য়ুন্ন-ওক ) অমদি ঙা-শী জাৎ পুন্নমক অমত্তা চারোইদবনি ॥ ১৪ ॥

যো যস্য মাংসমশ্নাতি স তন্মাংসাদ উচ্যতে।
মৎস্যাদঃ সর্ব্বমাংসাদস্তস্মান্মৎস্যান্ বিবর্জ্জয়েৎ ॥ ১৫
পাঠীন রোহিতাবাদ্যৌ নিযুক্তৌ হব্যকব্যয়োঃ।
রাজীবান্ সিংহতুণ্ডাংশ্চ সশল্কাংশ্চৈব সর্ব্বশঃ ॥ ১৬
ন ভক্ষয়েদেকচরানজ্ঞাতাংশ্চ মৃগদ্বিজান্।
ভক্ষ্যেষ্বপি সমুদ্দিষ্টান্ সর্ব্বান্ পঞ্চনখাংস্তথা ॥ ১৭
শ্বাবিধং শল্যকং গোধাং খড়্গকূর্ম্মশশাংস্তথা।
ভক্ষ্যান্ পঞ্চনখেষ্বাহুরনুষ্ট্রাংশ্চৈকতোদতঃ ॥ ১৮
ছত্রাকং বিড়্বরাহঞ্চ লশুনং গ্রামকুক্কুটম্।
পলাণ্ডুং গৃঞ্জনঞ্চৈব মত্যা জগ্ধ্বা পতেদ্দ্বিজঃ ॥ ১৯

---

মীনা, মানা মানা চারিবা শা-উচেকশিং অতুগী মমিং লৌতুনা মখোয়বু অতু অতুগুম্বা চাবা হায়বগা খঙ্নৈ অতুগা ঙা-চাবদি পূন্নমকপু চাবা কৌই ( ঙানা চাদবা পোৎ লৈতবনা ) মরম অতুনা ঙা চাবদি থাদোক্কদবনি ॥ ১৫ ॥

শরেং, রোহিত ( রৌ ), রাজীব (ঙাপঙ্, ঙারেনগুম্বা অচৌবা ঙা ), নোংশাগুম্না মচীন পানবা শকুল ( শালমাছ ? ) হায়না কৌবা ঙাগী জাৎ, অতুগা মকু পানবা ঙা অয়াম্বদি লাইদা অম্বদি ইপা ইপু থুকম্বদা কৎলগা চাবা য়াই ॥ ১৬ ॥

লিন্নচিংবা মথন্তা কোয়না নায়তোম চৎপা জীব, মশক মম্নিং-নচিংবা খঙ দবা শা-উচেকশিং, চাবা য়াবনি হায়না থোইনা লৌখৎ-নরক্তবা জীবশিং অতুগা য়োংনচিংবা খুজিন মঙা পানবা থন্নায় পানবা পূন্নমক চাবা য়াদবা ঙাক্তনি ॥ ১৭ ॥

মখূজীন মঙা পানবগী মনুংদা শজারু ( শবৌ ), শল্যক ( শবৌগুম্বা শা অমা ), গোসাপ ( হংকোক ), শামুগঙা, থেংগু, থেব—তরাক অসিদি চাবা য়াই অতুগা ময়া পরেং অমত্তা হৌবা শাগী মরক্তা উট নত্তবা শাগী মখৈদি লোইনা চাবা য়াবা ঙাক্তনি ॥ ১৮ ॥

ছত্রাক (য়েনগী জাৎ—মস্থীয়েনগুম্বা), য়ুম্ন-ওক, চনম, লময়েন,

অমত্যৈতানি ষড় জগ্ধ্বা কৃচ্ছ্রং সান্তপনং চরেৎ।
যতি চান্দ্রায়ণং বাপি শেষেষূপবসেদহঃ॥ ২০
সংবৎসরস্যৈকমপি চরেৎ কৃচ্ছ্রং দ্বিজোত্তমঃ।
অজ্ঞাতভুক্ত শুদ্ধ্যর্থং জ্ঞাতস্য তু বিশেষতঃ॥ ২১
যজ্ঞার্থং ব্রাহ্মণৈর্বধ্যাঃ প্রশস্তা মৃগপক্ষিণঃ।
ভৃত্যানাঞ্চৈব বৃত্ত্যর্থমগস্ত্যো হ্যাচরৎ পুরা॥ ২২
বভূবুর্হি পুরোডাশা ভক্ষ্যাণাং মৃগপক্ষিণাম্।
পুরাণেষ্বপি যজ্ঞেষু ব্রহ্মক্ষত্রসবেষু চ॥ ২৩

---

তিলহৌ, গ্যাজব—মখোয় অসিগী অমত্তংবু ওইরবসু চানিঙ্না হন্না হন্না চারবদি দ্বিজাশিংগীদি পতিত ওই॥ ১৯॥

হায়রিবা তক্লক অসিগী অমবু চাহৈদে হায়বা খঙ্না খঙ নমক চাক্লরবদি চয়োল অমা চুপ্না সান্তপন-ব্রত নত্রগা যতি-চান্দ্রায়ণ হায়বা ব্রত অতু তৌগনি, অসিদগী হেন্দোক্ত্না উ অঙাঙ্বগী মখোম, মনপ্পচিংবা চাহৈদবা পোৎ চারুরবদি অহিং অমগা নুংথিল অমগা চন্না হেনগনি॥ ২০॥

খঙ্দবদগী দ্বিজাতিশিংনা কবিগুম্বা চানদবা চীঙ্গাক চারবদি মতুগী পাপ কোক্লনবা চহি অমগী মনুংদা য়ামদ্রবদা কৃচ্ছ্রব্রত হায়বদি প্রাজাপত্য ব্রত অমুক অমত্তংদি তৌগদবনি অতুগা খঙ্না খঙ্না চাক্লবগীদি দোষ দোষ অতুগী মতুংইন্না তোপ্পা তোপ্পা প্রায়শ্চিত্ত তৌগদবনি (অধ্যায় ১১ দা প্রায়শ্চিত্তকী রা হায়রকখিগনি)॥ ২১॥

দ্বিজাশিংনা যজ্ঞগীদমক্তা নত্রগা তঙাইফদনা য়োকপা-থাকপা তৌদবা য়াত্রবা মীওইশিংগীদমক্তদি, শাস্ত্রনা য়াবা শা-উচেক্লচিংবা হাৎপা য়াই, মরমদি, অগস্ত্যমুনিসু (মিত্রাবরুণগী বীর্য্যনা মৈগী কুণ্ডদগী ফাওগৎলকপনি, মানা য়াউম অমত্তদা সমুদ্রবু কংনকা থকচিনখি—) হায়রিবা শাক্লৎ অসি চৎখি॥ ২২॥

যৎকিঞ্চিৎ স্নেহসংযুক্তং ভক্ষ্যং ভোজ্যমগর্হিতম্।
তৎপর্য্যুষিতমপ্যাদ্যং হবিঃশেষঞ্চ যদ্ভবেৎ॥ ২৪
চিরস্থিতমপি ত্বাদ্যমস্নেহাক্তং দ্বিজাতিভিঃ।
যবগোধূমজং সর্ব্বং পয়সশ্চৈব বিক্রিয়া॥ ২৫
এতদুক্তং দ্বিজাতীনাং ভক্ষ্যাভক্ষ্যমশেষতঃ।
মাংসস্যাতঃ প্রবক্ষ্যামি বিধিং ভক্ষণবর্জ্জনে॥ ২৬
প্রোক্ষিতং ভক্ষয়েন্মাংসং ব্রাহ্মণানাঞ্চ কাম্যয়া।
যথাবিধি নিযুক্তস্তু প্রাণানামেব চাত্যয়ে॥ ২৭

---

মমাঙ্ মমাঙ্দা থায়না ঋষিশিংনা তৌখিবা যজ্ঞ পূর্ণমক্তা শা-উচেক্কী মশানা মৈদা কৎননবা তল জাৎ অমা হৌনবর্ম্মী॥ ২৩॥

চাবা য়াবা পোৎনা চজীক্লচিংবা ওইববসু মতুদা থাউ, ঘীন-চিংবা নত্রগা শংগোম অফম্বনচিংবা তোৎশিল্লগদি চানবা য়াই। হোম তৌবদা লেমহৌবা চরুনচিংবা পোৎনা চজীক ওইবদি ঘিন-চিংবা মবেক-মহাউ য়াওবা পোৎ য়াওদনসু অতুম্মক চাবা য়াই॥ ২৪॥

যব অমসুং গেহুগী য়াম্না শেম্বা পোৎ অতুগা শংগোমদগী থোকপা মাখননচিংবা পোৎশিংদি মতম কুইনা চজীক ওইরবদসু ঘিনচিংবা মবেক-মহাউগী পোৎ য়াওদবসু দ্বিজাতিশিংনা অতুম্মক চানবা য়াই॥ ২৫॥

অসুম্না দ্বিজাতিশিংনা চাহৈবা-চাহৈদবগী মরমদা পূর্ণমক হায়রে, ছজিক শা-ভাগী মরমদা চাহৈবা-চাহৈদবত্থু অমুক হায়গে॥ ২৬॥

যজ্ঞদা হোম তৌখিবগী অরেম্বা শা অতুদি চাবা য়াই; ব্রাহ্মণনা য়াথং পীদূনা চাও হায়রবদসু শা চাবা য়াই; শাস্ত্রগী বিধান কায়দনা কৎপা উৎসব শ্রাদ্ধনচিংবদা যাওবা শা অদুসু চাবা য়াই; লায়নাগী মথা পোন্দুনা নত্রগা চাবা ফংদত্তনা শিগদৌ-রবদদি তঙাইফদবনা কনবনা মতম অত্তুদসু শা চাবা য়াই॥ ২৭॥

প্রাণস্যান্নমিদং সর্ব্বং প্রজাপতিরকল্পয়ৎ।
স্থাবরং জঙ্গমঞ্চৈব সর্ব্বং প্রাণস্য ভোজনম্॥ ২৮
চরাণামন্নমচরা দংষ্ট্রিণামপ্যদংষ্ট্রিণঃ।
অহস্তাশ্চ সহস্তানাং শূরাণাঞ্চৈব ভীরবঃ॥ ২৯
নাত্তা দুষ্যত্যদন্নাদ্যান্ প্রাণিনোহহন্যহন্যপি।
ধাত্রৈব সৃষ্টা হ্যাদ্যাশ্চ প্রাণিনোহত্তার এব চ॥ ৩০
যজ্ঞায় জগ্ধির্মাংসস্যেত্যেষ দৈবো বিধিঃ স্মৃতঃ।
অতোহন্যথাপ্রবৃত্তিস্তু রাক্ষসো বিধিরুচ্যতে॥ ৩১
ক্রীত্বা স্বয়ং বাপ্যুৎপাদ্য পরোপকৃতমেব বা।
দেবান্ পিতৄংশ্চার্চ্চয়িত্বা খাদন্মাংসং ন দুষ্যতি॥ ৩২

---

তাইবঙ্ পানবদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক অসিবু ব্রহ্মানা জীবগী চীঙ্গাক মক্তনি হায়না উৎপিখি। মবম অতুনা অচৎ-চত্ত-অনিমক থরায় পানবশিংগী চীঙ্গাক মক্তনি॥ ২৮॥

চত্তবা, লেঙ্দবা যব-নাপীনচিংবসি মী অমদি শা-উচেক্লচিংবা অচৎপশিংগী চীঙ্গাক মক্তনি, মতুগী মনুংদা খেন্নরিবদি—শজিনচিংবা অচৎপা শাশিংনা নাপী-শীংবীনচিংবা চায়, ময়া হৌবা জীবশিংনা ময়া পান্দবা জীব চায়, মখূৎ পানবা মীওইবনা মখূৎ পান্দবা ভান-চিংবা চায়, অতুগা কিগনবশিংদি অকনবগী চীঙ্গাকনি॥ ২৯॥

অসুম্না মাগী মাগী মচীঙ্গাক ওইবা থরায় পানবা জীববু হুমিৎ খূদিঙ্ চাবদা আচাবা মী অতুগী পাপ করিসু চঙদে; মরমদি বিধিনা শেম্নকপা মতমদা জীব অমবু জীব অমগী চীঙ্গাক ওইনা অতুম্মক শেম্নকই॥ ৩০॥

যজ্ঞগীদমক্তা শা চাবদি মদূবু লাইগী থবক কৌই অতুগা মথন্তগীদমক্তা শা হাত্তুনা চাবা অদূবুনা হিংচাবগী থৌদৌ কৌই হায়না খঙ্নগনি॥ ৩১॥

শা অশেম্বা লৈহুনা, শা তাল্লুরগা পুরক্তুনা নত্রগা অমত্তাপ্পা মীনা পীরক্তুনা—মতুনা লাইদা অমসুং ইপা ইপুদা কৎনবা পূজাগী

নাদ্যাদবিধিনা মাংসং বিধিজ্ঞোঽনাপদি দ্বিজঃ।
জগ্ধ্বা হ্যবিধিনা মাংসং প্রেত্য তৈরদ্যতেঽবশঃ॥ ৩৩
ন তাদৃশং ভবত্যেনো মৃগহন্তুর্ধনার্থিনঃ।
যাদৃশং ভবতি প্রেত্য বৃথামাংসানি খাদতঃ॥ ৩৪
নিযুক্তস্তু যথান্যায়ং যো মাংসং নাত্তি মানবঃ।
স প্রেত্য পশুতাং যাতি সম্ভবানেকবিংশতিম্॥ ৩৫
অসংস্কৃতান্ পশূন্ মন্ত্রৈর্নাদ্যাদ্বিপ্রঃ কদাচন।
মন্ত্রৈস্তু সংস্কৃতানদ্যাচ্ছাশ্বতং বিধিমাস্থিতঃ॥ ৩৬
কুর্য্যাদ্ঘৃতপশুং সঙ্গে কুর্য্যাৎ পিষ্টপশুং তথা।
ন ত্বেব তু বৃথা হন্তুং পশুমিচ্ছেৎ কদাচন॥ ৩৭

---

পোৎলম ওইনগনি—মতুংদা লেমহৌবত্ত চাবদি মতুনা পাপ করিস্থু চঙ্দে ॥ ৩২ ॥

শা-ঙা চাবগী দোষ-গুণ মশক খঙ্বা দ্বিজাতিনা খুদোং থীবা ( অন্না-অনা তাবা ) মতম নত্তনদি চাবা য়াদবা শা খক চাফদে। চাহৈদবা শা-ঙা চাবা মী অতুদি শিরগা মানা চাখিবা জীব অতুনা মাবু কনবীনবা লৈতনা অমুক চাথোকলৈ ॥ ৩৩ ॥

চাহৈদবা শা চাবা মীনা শিরগা ফংলুবা পাপ অতুদি শেল পামতুনা শজি হাৎপা ব্যাধ ( শাতানবা ) শিং মক্সু অতুগুম্বা পাপ অতু ফংলুদে ॥ ৩৪ ॥

শ্রাদ্ধ অমদি মধুপর্ক ( পূজাগী পোৎলমশিং ) দান তৌবা মতমদা শাস্ত্রগী নিয়ম কায়দনা শীজিন্নতুনা চাবা নত্রবদি মী অতুনা শিরবা মতুংদা কুনমাথোইরক হন্না শা ওইনা পোক্লুই ॥ ৩৫ ॥

দ্বিজশিংনা মন্ত্রনা শেংদোক্তবা শা-ঙাদি থক চারোইদবনি, মাগী মাগী চৎনবী মন্ত্রনা শেংদোক্লগা শেংদোক্লবা শা-ঙা অতুতবু চাগদবনি ॥ ৩৬ ॥

শা চানিঙবনা থাঙবা শুমত্রবদি ঘিদা য়ামনচিংবনা তল ওইনা ( শাগী মওঙ মতৌ মান্না শারগা ঘিদা হৌবা তল ওইনা )

যাবন্তি পশুরোমাণি তাবৎকৃত্বো হ মারণম্।
বৃথাপশুঘ্নঃ প্রাপ্নোতি প্রেত্য জন্মনি জন্মনি ॥ ৩৮
যজ্ঞার্থং পশবঃ সৃষ্টাঃ স্বয়মেব স্বয়ম্ভুবা।
যজ্ঞোঽস্য ভূত্যৈ সর্ব্বস্য তস্মাদ্‌যজ্ঞে বধোঽবধঃ ॥ ৩৯
ওষধ্যঃ পশবো বৃক্ষাস্তির্য্যঞ্চঃ পক্ষিণস্তথা।
যজ্ঞার্থং নিধনং প্রাপ্তাঃ প্রাপ্নুবন্ত্যুচ্ছ্রিতীঃ পুনঃ ॥ ৪০
মধুপর্কে চ যজ্ঞে চ পিতৃদৈবতকর্ম্মণি।
অত্রৈব পশবো হিংস্যা নান্যত্রেত্যব্রবীন্মনুঃ ॥ ৪১

---

হৌতুনা শা মওঙ্ মালহন্না চাগদবনি, লাইদা কৎনবা নত্তনা কৈদৌ-ঙৈদস্নু মরম চাদনা শা হাৎকে খল্লোইদবনি ॥ ৩৭ ॥

যজ্ঞনচিংবদা শীজিন্ননবা নত্তনা অরেম্বদা মনম চাদনা শা হাৎ-লবদি মী অতু, শা অতুগী মশাদা হৌবা মতু অতুগী মশীং অতুপ য়াম্না পোক্লগা অতোপ্পনা হাত্তুনা হেক হেক শি ॥ ৩৮ ॥

শা-পূম্নমকপু ব্রহ্মানা যজ্ঞগীদমক শেম্বিবম্মী, জগৎ পূম্নমকপু চাওখৎহন্নবগীদমক যজ্ঞগী থবক অসি তাকপিরম্মী, মরম অতুনা ( জগৎকী ওইবনা ) যজ্ঞগী থবক্কীদমক শা হাৎপা অতুদি হাত্তবগুম্মী হায়বদি পাপ চঙ্দে ॥ ৩৯ ॥

গেহু ফোনচিংবা মহৈ য়াল্লগা মপুন্সী লোম্বা পাম্বীশিং, শা-পূম্নমক, উ-রা পূম্নমক, থেংগুনচিংবা অতোনবা জীবশিং অমদি কপিঞ্জলনচিংবা ( নোংগৌবী উরেনবীনচিংবা ) উচেকশিং—মখোয় অসিনা যজ্ঞগীদমক শিখ্রবদি হান্নদগী হেনগৎনা ফবা মপোক ফংলকই ॥ ৪০ ॥

মধুপর্কগী থবক্তা জ্যোতিষ্টোমনচিংবা ( থরাম্নীচাক খুরুম্বন-চিংবা ), পিতৃকার্য্যগী অমসুং দেবকার্য্যগী থবক্তদি শা হাৎকনি, অসি নত্তবা অতোপ্পা মরমগীদমক্তি শা হাৎপা য়াদে—মসি মনুনা হায়রম্বনি ॥ ৪১ ॥

এষ্বর্থেষু পশূন্ হিংসন্ বেদতত্ত্বার্থবিদ্দ্বিজঃ।
আত্মানঞ্চ পশুঞ্চৈব গময়ত্যুত্তমাং গতিম্ ॥ ৪২
গৃহে গুরাবরণ্যে বা নিবসন্নাত্মবান্ দ্বিজঃ।
না বেদবিহিতাং হিংসামাপদ্যপি সমাচরেৎ ॥ ৪৩
যা বেদবিহিতা হিংসা নিয়তাস্মিংশ্চরাচরে।
অহিংসামেব তাং বিদ্যাদ্বেদাদ্ধর্ম্মো হি নির্ব্বভৌ ॥ ৪৪
যোঽহিংসকাণি ভূতানি হিনস্ত্যাত্মসুখেচ্ছয়া।
স জীবংশ্চ মৃতশ্চৈব ন কচিৎ সুখমেধতে ॥ ৪৫
যো বন্ধনবধক্লেশান্ প্রাণিনাং ন চিকীর্ষতি।
স সর্ব্বস্য হিতপ্রেপ্সুঃ সুখমত্যন্তমশ্নুতে ॥ ৪৬

---

মতৌ অসুন্না মধুপর্কনচিংবা দান তৌবদা শা হাত্তূনা বেদগী তত্ত্ব মুন্না খঙ্বা দ্বিজশিংনা মথোয় মশাবু অমসুং হাৎলিবা শা অদুবু স্বর্গনচিংবা নুংঙাইরবা লোক ফংহল্লি ॥ ৪২ ॥

য়ুম্বাল্লিববু ওইরবসু, গুরুগী নাক্তা লৈববু ওইরবসু নত্রগা অহল ওইরক্তূনা য়ুম থাদোক্তূনা বানপ্রস্থদা লৈববু ওইরবসু ব্রহ্ম মশক খঙ্লবা দ্বিজশিংনদি মথন্নায়মক থাগদবা মতম নত্রবদি ফনমক খুদোং থীতুনসু মরম চাদনা খক জীবহিংসা তৌনবা লৈতে ॥ ৪৩ ॥

অচৎ-চত্ত হায়তুনা লৈরিবা তাইবঙ্পানবা অসিদা শা হাৎপগী মরমদা বেদনা য়াৎলল্লিবা নিয়মশিং অতুদি হিংসা তৌবা কৌদে খঙ্নগনি, মরমদি—ধর্ম্ম হায়বসিমক বেদদগী থোক্লকপা ওই-বনা ॥ ৪৪ ॥

মশা মথন্তগী নুংঙাইনবগীদমক কনাদস্থ হিংসা তৌজবা লৈত্রবা মপুক তপ্পবা ( মরাল লৈতবা ) শজিনচিংবা শা হাৎপা মী অতুদি চঙ্লিঙৈদসু শিরবদসু নুংঙাইবা করিসু ফংবা লৈতে ॥ ৪৫ ॥

থরায় পানববু ফাবা পুনবা অমদি হাৎপনচিংবা তৌনিঙ্দবা

যন্ধ্যায়তি যৎকুরুতে ধৃতিং বধ্নাতি যত্র চ।
তদবাপ্নোত্যযত্নেন যো হিনস্তি ন কিঞ্চন। ৪৭
নাকৃত্বা প্রাণিনাং হিংসাং মাংসমুৎপদ্যতে কচিৎ।
ন চ প্রাণিবধঃ স্বর্গ্যস্তস্মান্মাংসং বিবর্জ্জয়েৎ ॥ ৪৮
সমুৎপত্তিঞ্চ মাংসস্য বধবন্ধৌ চ দেহিনাম্।
প্রসমীক্ষ্য নিবর্ত্তেত সর্ব্বমাংসস্য ভক্ষণাৎ ॥ ৪৯
ন ভক্ষয়তি যো মাংসং বিধিং হিত্বা পিশাচবৎ।
স লোকে প্রিয়তাং যাতি ব্যাধিভিশ্চ ন পীড্যতে ॥ ৫০
অনুমন্তা বিশসিতা নিহন্তা ক্রয়বিক্রয়ী।
সংস্কর্ত্তা চোপহর্ত্তা চ খাদকশ্চেতি ঘাতকাঃ ॥ ৫১

---

—পুন্নমক্কী কান্নগদবতা থনবা মী অহুদি খ্ৱায়দগী হেনবা হুংঙাইবা ফংই ॥ ৪৬ ॥

কনাদস্সু হিংসা তৌদবা মী অহুদি মানা তৌবা ধ্যান, মানা তৌবা ধর্ম্মগী থবক, মানা পুন্নিঙ্না তৌগে নিঙ্বা হিরম—পুন্নমক অসি ইরায় লায়না ফংবা ঙম্মী ॥ ৪৭ ॥

অদুবু জীব হিংসা হায়বসি য়াওদ্রবদি বৈদৌঙৈদস্সু চানবা শা ফংলক্তে, অমরোমদনা থৱায় পানবা হিংসা তৌবদি স্বর্গ থক ফংদে—মরম অহুনা চাহৈদবা শাদি থক চারোইদবনি ॥ ৪৮ ॥

শা অশেঙ্বগী হৌরকফম, মশা পাল্লিবা (ঈশিং নুংশিৎ লৈপাক্লচিংবনা শাবা জীবশিং) জীবশিংবু হাংপা-পুনবা-চৈনাখোল ফংহনবা—পুন্নমক অসি মুন্না খন্থহুনা নৈনরগা শা-চাবা হায়বসি পুমতোক তোক্লবা তৌবা হৌনৈ ॥ ৪৯ ॥

শাস্ত্রগী নিয়ম থাদোক্লুনা হায়বদি পিশাচগুম্না শা-ঙা চাবা তৌদবা অহুগুম্বা মী অহুদি মীরমলেন অসিদা খ্ৱায়গী লুনা তৌনফম ওই অমসুং করিগুম্বা লায়থুং অমত্তনস্সু মাবু লাকহৎলবা ঙমদে ॥ ৫০ ॥

শা হাৎনবা য়াথং পীবা মী (ঈনশিনবা মী), খুৎলাই পায়হুনা

স্বমাংসং পরমাংসেন যো বর্দ্ধয়িতুমিচ্ছতি।
অনভ্যর্চ্চ্য পিতৄন্ দেবাংস্ততোহন্যো নাস্ত্যপুণ্যকৃৎ ॥ ৫২
বর্ষে বর্ষেহশ্বমেধেন যো যজেত শতং সমাঃ।
মাংসানি চ ন খাদেদ্‌যস্তয়োঃ পুণ্যফলং সমম্ ॥ ৫৩
ফলমূলাশনৈর্মেধ্যৈর্মুন্যন্নানাঞ্চ ভোজনৈঃ।
ন তৎফলমবাপ্নোতি যন্মাংসপরিবর্জ্জনাৎ ॥ ৫৪
মাংসভক্ষয়িতামুত্র যস্য মাংসমিহাদ্ম্যহম্।
এতন্মাংসস্য মাংসত্বং প্রবদন্তি মনীষিণঃ ॥ ৫৫

---

শা-শেম্বা মী, শদূম লৈবা-য়োনবা তৌবা মী. শাবু থাকপা-থোংবা তৌবা মী, শা থোংববু মীঙোন্দা হাপ্পূনা পীজ-পীথক তৌবা মী অমসুং শা চাবা মী—মখোয় পুম্নমক অসিবু 'অহাৎপা' হায়না কৌবা য়াই ॥ ৫১ ॥

মপা মপু অপোকপা অমদি লাইশিংগী পূজা-অর্চ্চা তৌবগী নত্তনা অতোপ্পা জীবগী মশাগী লূ-তোংনচিংবনা মহাক্কী মশাবু নোয়-থোক-চাউথোকহনগে হোৎনবা মহাক অত্থদগী হেনবা পাপী অমা জগৎ অসিদা লৈত্রে ॥ ৫২ ॥

চহি খূদিঙ্‌গী তৎপা লৈতনা চহি ১০০ চূপ্পা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌবা মী অত্থগা মপুন্সী চূপ্পা শা-ভা চাদবা মী অত্থগা অনিমক্কী ফলদি চপ মান্নে ॥ ৫৩ ॥

শা-ঙা ইচা চাদবা মীনা ফংবা অফবা ফল অত্থদি উহৈ-ম্রাহৈ অমদি মুনিশিংতনা চানবা রাইন্থু-চরানচিংবা শেংলবা পোৎত চাবা মীনসু অত্থগুম্বা ফল অত্থ খক ফংবা ঙমদে ॥ ৫৪ ॥

মীরমলেন অসিদা ঐনা মশা চাখিবা জীব অত্থনা লাইরম-লেন্দা (অশিবগী লৈবাক্তা) মানস্থু ঐবু শোয়দনা চারগনি। পণ্ডিতশিংনা মাংস হায়বা ম্রাহৈগী অর্থ মাং=ঐবু, সঃ=মানা চাগনি অস্নুম্না তৌই ॥ ৫৫ ॥

ন মাংসভক্ষণে দোষো ন মদ্যে ন চ মৈথুনে।
প্রবৃত্তিরেষা ভূতানাং নিবৃত্তিস্তু মহাফলা ॥ ৫৬
প্রেতশুদ্ধিং প্রবক্ষ্যামি দ্রব্যশুদ্ধিং তথৈব চ।
চতুর্ণামপি বর্ণানাং যথাবদনুপূর্ব্বশঃ ॥ ৫৭
দন্তজাতেঽনুজাতে চ কৃতচূড়ে চ সংস্থিতে।
অশুদ্ধাঃ বান্ধবাঃ সর্ব্বে সূতকে চ তথোচ্যতে ॥ ৫৮
দশাহং শবমাশৌচং সপিণ্ডেষু বিধীয়তে।
অর্ব্বাক্ সঞ্চয়নাদস্থ্নাং ত্র্যহমেকাহমেব চ ॥ ৫৯

---

শাস্ত্রনা য়াবা শা চাবনে, শাস্ত্রনা য়াবা ময়াই কাবা মহীনচিংবা থক্কপনে অমদি নূপী নিপা হকপান্নবগী (মৈপুনগী) থবকনে—অসিদি দোষ লৈতে; শা-চাবা, যু-থকপা, মৈপুন-ওইবা—হিরমশিং অসিদি থরায় পানবশিংগী মশাগী স্বভাব ওইনা লৈরবসু থাদোক্লবদি খ্বায়দগী হেনবা মহৈ ফংই ॥ ৫৬ ॥

ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ মরিমক্কী মপা মমানচিংবা শিরগা মচা-মশূনা শেংননবা তৌবা মওঙ্, অমদি মপোৎ-মচৈনচিংবগী শেংননবা তৌবা মওঙ্—মতু পূন্নমক মথং মথং হায়রক্কে তাও ॥ ৫৭ ॥

অঙাংনা ময়া হৌরগা, ময়া হৌরবদনা চূড়াকরণ ( নাহুৎপা ) তৌরগা নত্রগা নগুণ থাংলগা শিরবদি সপিণ্ড ( মীরোন ৭কী মনুং চনবা ), সমানোদক ( মীরোন ১৪গী মনুং চনবা ) হায়বদি শাগৈ পূন্নমক অতু য়ুম্মাংবা ওই। অসিগুমহৌনা অঙাং পোক্লবদসু য়ুম্মাংই ॥ ৫৮ ॥

সপিণ্ড শিরগা, অচম্বা-গুণ লৈতবা ( নুমিৎ খুদীংগী অগ্নিহোত্র তৌদবা অচম্বা নিরাগ্নি ব্রাহ্মণ ) ব্রাহ্মণনা হুমিৎ ১০ নি, অতুগা সাগ্নিকশিংগীনা মগুণ চেনবা চেন্দবা খেন্নবা মতুংইন্না মথং মথং মরিনি, হুমনি নত্রগা অহিং অমগা হুংথিল অমগতসু মাংগনি। ব্রাহ্মণগী অসিগুম্বা অথোই অহেনগী মওঙ থায়দোকপসি বেদ-জ্ঞান লৈবা

**সপিণ্ডতা তু পুরুষে সপ্তমে বিনিবর্ত্ততে।**
**সমানোদকভাবস্তু জন্ম-নাম্নোরবেদনে ॥ ৬০**
**যথেদং শাবমাশৌচং সপিণ্ডেষু বিধীয়তে।**
**জননেঽপ্যেবমেব স্যান্নিপুণাং শুদ্ধিমিচ্ছতাম্ ॥ ৬১**
**সর্ব্বেষাং শাবমাশৌচং মাতাপিত্রোস্তু সূতকম্।**
**সূতকং মাতুরেব স্যাদুপস্পৃশ্য পিতা শুচিঃ ॥ ৬২**

---

লৈতবা অমদি যাগ যজ্ঞনচিংবা তৌবা-তৌদবগী রাখন্দা মাংবা মতম থেন্নহনবনি ॥ ৫৯ ॥

মপাদগীনা মথক মথক হাইগংখিবদা মীবোন তন্নাককা মশাগা —মীবোন ৭ নল্রগা মচানিপাদগীনা মথং মথং হাইথখিবদা মীয়োন ৬কা মহাক মশাগা মীবোন ৭—অসিগুম্বা মীবোন ৭। ৭ না কোনবা অসিবু সপিণ্ড কৌই। অতুগা মপানচিংবা মথক্কী মীবোন ৬কী মথংদদি অমদি মচানিপানচিংবা মীবোন ৬কীসু মতুং তাবদদি হাযবিবা সপিণ্ড অ৴স ওইখিদ্রে মতম অতুদদি ‘সমানোদক’ হায-বগনি। মমিং অতু কৌবা মী অতু শা৴গৈ অসিদা পোকখিবনি হাযবগী মাগী মপোক অমদি মমিং-মথা অনিমক নিঙ্‌শিংবা থোক-খিদ্রবদি মতম অতুদদি সমানোদক অতুসু লৈত্রে ॥ ৬০ ॥

সপিণ্ডশিংগী মৃতাশৌচ ( শিবগী মাংবা ) ডাকফম থোকপা মীতুনা থাংগৈমক শেংনা তশেং-তশেংবা হায়বতুমক ওইনিঙ্‌লবদি পোকপগীসু অসুম্না অতুম্মক মাংগদবনি ॥ ৬১ ॥

মী শিবগা মশা শোক্লবা যাদবা মমাং অতুদি পূম্নমক্কী চপ মান্নে; অতুগা চাবোকপগী মাংবদদি শোক্লবা য়াদবসি মপা মমা অনিত্তনি। মসিদসু মমানা ১০ নি শোক্লবা য়াদবদা মপাগীদি ঈরুজথোক্লগা (সচেলস্নান তৌরগা—শেৎলম্ব ফি লূপথোক্লগা অমূক শেত্তু্না ঈরুজববু কৌই ) হেক্তুমক শোক্ল-শম্লবা য়াই ॥ ৬২ ॥

নিরস্য তু পুমান্ শুক্রমুপস্পৃশ্যৈব শুধ্যতি।
বৈজিকাদভিসম্বন্ধাদনুরুন্ধ্যাদঘং ত্র্যহম্॥ ৬৩
অহ্না চৈকেন রাত্র্যা চ ত্রিরাত্রৈরেব চ ত্রিভিঃ।
শবস্পৃশো বিশুধ্যন্তি ত্র্যহাদুদকদায়িনঃ॥ ৬৪
গুরোঃ প্রেতস্য শিষ্যস্তু পিতৃমেধং সমাচরন্।
প্রেতাহারৈঃ সমং তত্র দশরাত্রেণ শুধ্যতি॥ ৬৫
রাত্রিভির্মাসতুল্যাভির্গর্ভস্রাবে বিশুধ্যতি।
রজস্যুপরতে সাধ্বী স্নানেন স্ত্রী রজস্বলা॥ ৬৬

---

নিপানা, তৌগে হায়বা য়াওনা বীর্য্য মপান থোকহল্লবদি ঈরুজথোক্লগা শেংগনি, অতুগা ইনিঙ্ নিঙ্দনা মমঙ্ মহাদা বীর্য্য মপান থোকখিবগীদি ঈরুজদ্রবস্তু শেংই, বীজ সম্বন্ধতবু লৈরবদি (ঈতবু তিন্নবা থোক্লবদি শাগৈ নত্রবস্তু নক্লবা লাপ্পবা লৈতনা) পোকপা শিবা অনিমক্তা হুমিৎ হুমনি মাংগনি॥ ৬৩॥

মপুগ ফনমক চেনবা ওইরবস্তু ব্রাহ্মণনা সপিণ্ডগী অশিবা মশাহু শোক্লুরবদি হুমিৎ হুমনিদা। অহুমনা পুরিরগা হায়বদি হুমিৎ মাপন্নি মাংলগা নোংমা কোনবা—১০ নি শুবদা শেংবা ওই। অতুগা সমানোদককী অশিবা মশা শোক্লুবগীদি হুমিৎ হুমনি মাংগনি॥ ৬৪॥

আচার্য্য (গুরু) শিবদা শিষ্যনা অন্ত্যেষ্টিক্রিয়া (ক্রিয়াধারী= কিরাথাংবা) তৌরবদি শিষ্য অতু মাগী সপিণ্ডগী গুন্না হুমিৎ ১০নি শুবদা শেংগনি॥ ৬৫॥

থা অহুমদগীনা থা তরুক ফাওবগী মহুংদা মীরোনবী নুপীগী গর্ভস্রাব (লাইয়ৈ চৎপা) ওইখ্রবদি থা অমমমগী নোংমা নোংমা লৌতুনা মাংবগী মতম লেপকনি হায়বদি থা ১গীনা নোংমা, ২গীনা নিনি অসুম্না। থাগী লৈ শাৎপী নুপীনা ফত্তবহু মশক উথিত্রবদি (ঈ থকখ্রবদি) মঙানি শুবদা লাই-তীনগী থবক তৌবা য়াই, অদুগা হুমিৎ হুমনিদি হৌহনখ্রগা মরিনি শুবা হুমিত্তদি ঈরুজ-

**নৃণামকৃতচূড়ানাং বিশুদ্ধির্নৈশিকী স্মৃতা।**
**নিবৃর্ত্তচূড়কানাস্তু ত্রিরাত্রাচ্ছুদ্ধিরিষ্যতে ॥ ৬৭**
**ঊনদ্বিবার্ষিকং প্রেতং নিদধ্যুর্বান্ধবা বহিঃ।**
**অলঙ্কৃত্য শুচৌ ভূমাবস্থিসঞ্চয়নাদৃতে ॥ ৬৮**
**নাস্য কার্য্যোঽগ্নিসংস্কারো ন চ কার্য্যোদকক্রিয়া।**
**অরণ্যে কাষ্ঠবৎ ত্যক্ত্বা ক্ষপেয়ুস্ত্র্যহমেব চ ॥ ৬৯**
**নাত্রিবর্ষস্য কর্ত্তব্যা বান্ধবৈরুদকক্রিয়া।**
**জাতদন্তস্য বা কুর্য্যুর্নাম্নি বাপি কৃতে সতি ॥ ৭০**

---

থোক্লগা মপুরোয়বনা শোকপা য়াবী ওইরে লাই-তীনগী থবক তৌবা য়াবদি ওইদে ॥ ৬৬ ॥

না হুৎত্রিবা ( চূড়াকরণ তৌত্রিবা ) অঙাং শিরবদি সপিণ্ডগী নোংমা মাংগনি ; মনাদি হুৎলগা নগুণ থাংত্রিবৈদা শিবনা সপিণ্ডগী হুমনি মাংবা ওই ॥ ৬৭ ॥

চহি অনি শুদ্রিবা অঙাং নিপামচা নূপীমচানা শিরবদি লৈস্নু-চন্দনমচিংবনা লৈতেংবীহুনা মহাকপু খুল লৈকাই মতাইদা পুরগা অশেংবা মফমগী লৈপাক্তা ফুম্নুগনি। মাগী অস্থিনচিংবা লৌর-রোই ॥ ৬৮ ॥

অসিগুম্বা চহি অনি শুদ্রিবা অঙাংনা শিবদা মৈ চঙ্বা অমদি পুরক পিণ্ডদাননচিংবা মী শিবগী হৌনবী করিশু তৌফরোই— উরক্তা শীং-উগুম্না হুন্দোক্লুরগা শাস্ত্রনা হায়বা শিবগী হৌনবী করিস্নু তৌদনা হুমিৎ হুমনিদং য়ূম্মাংলগা লোইরে ॥ ৬৯ ॥

চহি অহুম শুদ্রিবা অঙাংনা শিরগা মপানচিংবা শাগৈ (সপিণ্ড) শিংনা মাবু মৈ থাবা নত্ত্রগা শিবগী হৌনবী করিস্নু তৌরোই অহুমদি ওইরগা অঙাং অহুনা ময়া হৌথিবা থোক্লবা অহুগা মমিং থোনখ্রবা ওইরবা অহু ওইরবদি মাগী শিবগী হৌনবী থবক তৌবীরবদি প্রেত ( আত্মা ) অদুনা পেঙবা ওই, তৌত্রবস্নু অমাঙবদি করিস্নু লৈতে ॥ ৭০ ॥

স ব্রহ্মচারিণোঽকাহমতীতে ক্ষপণং স্মৃতম্।
জন্মন্যেকোদকানান্তু ত্রিরাত্রাচ্ছুদ্ধিরিষ্যতে॥ ৭১
স্ত্রীণামসংস্কৃতানান্তু ত্র্যহাচ্ছুধ্যন্তি বান্ধবাঃ।
যথোক্তেনৈব কল্পেন শুধ্যন্তি তু সনাভয়ঃ॥ ৭২
অক্ষারলবণান্নাঃ স্যুর্নিমজ্জেয়ুশ্চ তে ত্র্যহম্।
মাংসাশনঞ্চ নাশ্নীয়ুঃ শয়ীরংশ্চ পৃথক্ ক্ষিতৌ॥ ৭৩
সন্নিধাবেষ বৈ কল্পঃ শাবাশৌচস্য কীর্ত্তিতঃ।
অসন্নিধাবয়ং জ্ঞেয়ো বিধিঃ সম্বন্ধিবান্ধবৈঃ॥ ৭৪
বিগতন্তু বিদেশস্থং শৃণুয়াদ্যো হ্যনির্দ্দশম্।
যচ্ছেষং দশরাত্রস্য তাবদেবাশুচির্ভবেৎ॥ ৭৫

---

গুরু অমত্তদা পুন্না মহৈ-মশিন তম্মিন্নবা মী শিববদি নোংম মাংগনি ( অহিং অমা ) সমানোদকশিংগী মচা পোকপদনা (অরাপ্প শাগৈ মচা পোকপদা ) নুমিৎ হুমনি মাংগনি॥ ৭১॥

বাগদত্তা ( য়াথং থানদুনা থাজববী) ওইবী লুহোঙ্‌বদি নত্রিবী নূপীনা শিববদি মপুবোয়বগী শাগৈনা হুমিৎ হুমনি মাংগনি মপামগী শাগৈস্ মওঙ্‌মান্ননা শেংগনি॥ ৭২॥

শিবগী য়ুম্মাংলিডৈদা শাগৈদি অশুংবা-থুম থাক্তনা থোংবা চাক-ঈনশাং চাগনি, হুমিৎ হুমনিদি তুরেন্নচিংবদা ঈরুজগনি, শা-ঙা চাবা য়াদে অমসুং ব্রহ্মচর্য্য ব্রত লৌদুনা লৈপাক্তা থাদুনা মথক্তা তুম্বা হিপ্পা তৌগনি॥ ৭৩॥

মথক্তা হায়রিবসিনা নকুবা মফমদা শিবা অশিবগী য়ুম্মাং-য়ুমশেং য়ানি, অতুগা মীরৈবাক্তা মী শিবদা, শিবা হুমিৎ খঙ্‌খি-দ্রবদা সপিণ্ডনচিংবা শাগৈনা মথাগী য়ুম্মাং-য়ুমশেং নিয়ম অস্মি চৎকনি॥ ৭৪॥

মীরৈবাক্তা লৈবা সপিণ্ডগী শিবা পাউ অহুনা তয়ানিগী মতুংদা তাবা ফংলবদি লেমহোবা ( অরাংপা ) হুমিৎ থরা অতুমখক্তা

অতিক্রান্তে দশাহে চ ত্রিরাত্রমশুচির্ভবেৎ।
সংবৎসরে ব্যতীতে তু স্পৃষ্টৈবাপো বিশুধ্যতি॥ ৭৬
নির্দ্দশং জ্ঞাতিমরণং শ্রুত্বা পুত্রস্য জন্ম চ।
সবাসা জলমাপ্লুত্য শুদ্ধো ভবতি মানবঃ॥ ৭৭
বালে দেশান্তরস্থে চ পৃথক্‌পিণ্ডে চ সংস্থিতে।
সবাসা জলমাপ্লুত্য সদ্য এব বিশুধ্যতি॥ ৭৮
অন্তর্দ্দশাহে স্যাতাং চেৎ পুনর্ম্মরণজন্মনী।
তাবৎ স্যাদশুচির্বিপ্রো যাবৎ তৎস্যাদনির্দ্দশম্॥ ৭৯
ত্রিরাত্রমাহুরাশৌচমাচার্য্যে সংস্থিতে সতি।
তস্য পুত্রে চ পত্ন্যাঞ্চ দিবারাত্রমিতি স্থিতিঃ॥ ৮০

---

মাংগনি। মীরৈবাক্তা লৈবা সপিণ্ডগী মচা পোকপদস্থু মাংবগী মওঙ্‌দি অসিমঙায়॥ ৭৫॥

অতুগা কনাগুম্বা মীরৈবাক্তা লৈবা সপিণ্ড শিবগী পাউনা ১০নিগী মতুংদা তারক্লবদি তাবা হুমিত্তগী হুমনিদং মাংগনি। চহি অমা লানখ্রবদি ঈরুজথোক্লগা হেক্তমক শেংলে॥ ৭৬॥

১০নিগী মতুংদা শাগৈ শিবা পাউ নত্রগা মচানিপা পোকপগী পাউ তারবদি তাবা মতমদা হকচাংদা শেৎলম ইল্লম্বা ফিস্থ য়াওনা ঈরুজথোক্লবদি শোক্ল-শম্নবা য়াদবত্থু কোকই॥ ৭৭॥

লৈবাক অমত্তদা লৈমিম্নবা ময়া হৌদ্রিবা অঙাং নত্রগা মীরৈবাক্তা লৈবা কনাগুম্বা সমানোদক (শাগৈ) অমা শিবগী পাউ তারবদি শাগোন্নরম্বা ফিরোনস্থু তুমথোক্তূনা ঈরুজথোক্লবদি খূদক্তা শেংই॥ ৭৮॥

১০নি শুবা অপোকপা নত্রগা অশিবগী মরক্তা হায়বদি ১০নি শুদ্রিঙৈদা করিগুম্বা অপোকপা নত্রগা অশিবা অমা তাশিল্লক্লবদি অহানবা মাংলিবা অতুগী মতুংইন্দুনা অনিশুবা অমাংবা অতুস্থু শেংমিন্নগনি॥ ৭৯॥

আচার্য্যনা শিরগা শিষ্যনা হুমনি থুম্মাংগনি অতুগা আচার্য্যগী

শ্রোত্রিয়ে তূপসম্পন্নে ত্রিরাত্রমশুচির্ভবেৎ।
মাতুলে পক্ষিণীং রাত্রিং শিষ্যর্ত্বিগ্বান্ধবেষু চ॥ ৮১
প্রেতে রাজনি সজ্যোতির্যস্য স্যাদ্বিষয়ে স্থিতঃ।
অশ্রোত্রিয়ে ত্বহঃ কৃৎস্নমনূচানে তথা গুরৌ॥ ৮২
শুধ্যেদ্বিপ্রো দশাহেন দ্বাদশাহেন ভূমিপঃ।
বৈশ্যঃ পঞ্চদশাহেন শূদ্রো মাসেন শুধ্যতি॥ ৮৩
ন বর্দ্ধয়েদঘাহানি প্রত্যূহেন্নাগ্নিষু ক্রিয়াঃ।
ন চ তৎকর্ম্ম কুর্ব্বাণঃ সনাভ্যোঽপ্যশুচির্ভবেৎ॥ ৮৪

মচানিপা নত্ত্রগা আচার্য্যগী নুপী শিরবদি অহিং অমা নুংথিল অমা অসিতমক মাংগনি—মসি শাস্ত্রনা লেপল্লবনি॥ ৮০॥

য়ুম্ অমত্তুদা লৈমিন্নবা মরূপ ওইনা তিন্নবা বেদ-শাস্ত্র তম্বা কনাগুম্বনা শিরবদি মুমিৎ হুমনি য়ুম্মাংগনি। মামা, পুরোহিত, শিষ্য, ইনেগী মচা অসিনচিংবা শিরগা অয়ূক, নুংথিল অনিগা মরক্কী অহিং অমগা মাংগনি॥ ৮১॥

অভিষেক তৌরবা লৈবাক্কী নিংথৌনা শিরবদি মাগী লৈবাক্তা লৈবা ব্রাহ্মণনচিংবা প্রজাশিংনা সজ্যোতিঃ-অশৌচ হায়বদি অয়ুক নুংথিল্দা শিরগা অয়ুক নুংথিল অমা (নুমিৎ মঙান উরিমথৈ) অহিংদা শিরগনা অহিং অমা (থবাম্মিচাক মঙাল উরিমথৈ) মাংগনি; অতুগা য়ুম্ অমমমদা লৈনবা অশ্রোত্রিয় (বেদ হৈতবা) ব্রাহ্মণ শিরবদি নত্ত্রগা সাঙ্গবেদ হৈবা গুরুনা শিরবদি নোংমা হায়বদি সজ্যোতিঃ অশৌচ অসি পালন তৌগনি॥ ৮২॥

(উপনীত) নগুণ থাংলবা সপিণ্ড শিরবদি নত্ত্রগা হুমিৎশুবা অপোকপদদি বেদ হৈতবা ব্রাহ্মণশিংনা ১০নি মাংলগা শেংগনি; ক্ষেত্রিগীনা ১২, বৈশ্যগীনা ১৫ নি অতুগা শূদ্রগীনা থা অমা চুপ্পা মাংলগা শেংগনি। শূদ্রগীদি নগুণ থাংবগী মহুত্তা লুহোঙ্বা হায়না তৌগনি॥ ৮৩॥

য়ুম্মাংবা হুমিৎ মখীং হেনগৎহনফদে হায়বদি সাগ্নিক (মৈ

**দিবাকীর্ত্তিমুদক্যাঞ্চ পতিতংসূতিকাংতথা।**
**শবং তৎস্পৃষ্টিনঞ্চৈব স্পৃষ্ট্বা স্নানেন শুধ্যতি ॥ ৮৫**
**আচম্য প্রযতো নিত্যং জপেদশুচিদর্শনে।**
**সৌরান্ মন্ত্রান্ যথোৎসাহং পাবমানীশ্চ শক্তিতঃ ॥ ৮৬**
**নারংস্পৃষ্ট্বাস্থি সস্নেহং স্নাত্বা বিপ্রো বিশুধ্যতি।**
**আচম্যৈব তু নিঃস্নেহং গামালভ্যার্কমীক্ষ্য বা ॥ ৮৭**
**আদিষ্টী নোদকং কুর্য্যাদাব্রতস্য সমাপনাৎ।**
**সমাপ্তে তূদকং কৃত্বা ত্রিরাত্রেণৈব শুধ্যতি ॥ ৮৮**

---

মূৎপা লৈতনা অত্থম্মক যজ্ঞ তৌহূনতা লৈবা ) ওইবা মীগী মাংবা মতমদি নোংমা নত্রগা হুমনিতনি, মাগীদি ১০নি চূপ্না থক মাংলোই। মরমদি শ্রুতি স্মৃতি ( বেদ ) না হায়বা মতুংইন্না লেপ্তনা হোম তৌবিবত্থ অপনবা পীবা হৌনদে। মরম অতুনা মাগী মহুৎ শিন্দুনা হোমনচিংবা তৌরিঙৈদদি মচানচিংবা মীরোন ৭ কী মম্নুং চল্লিবা সপিণ্ডমখৈস্থ মানা তৌবগুম অহুম্মক মাংলোই ॥ ৮৪ ॥

চণ্ডাল, চাকথুম থোক্লিবী নূপী, জাৎ তারবা মী, চাবোকপা ১০নি শুদ্রিবী নূপী, অশিবা হকচাং অমস্থং অশিবগা শম্নরুরবা মী —মখোয় অসিবু শোক্লুববদি ঈরুজথোক্লগা শেংগনি ॥ ৮৫ ॥

শ্রাদ্ধনচিংবা থবক অমদি লাইগী পূজানচিংবা তৌনবা ঈরুজতুনা শেংনা লৈনবদা চণ্ডালনচিংবা অমাংবা মী উরবদি 'উদুত্যং জাত বেদসং' অসিনচিংবা বেদনা হায়বা সৌরমন্ত্র ( নুমিৎ খুরুম্নবা মন্ত্র ), পাবমানী মন্ত্রবু ( শান্তি মন্ত্র ) জপ তৌগনি ॥ ৮৬ ॥

অশিবা মীগী মবেক পকপা ( কংদ্রিবা ) শরু শোক্লুরবদি দ্বিজাতিনা ঈরুরগা শেংই, অতুগা অকংবা শরু শোক্লুবগীদি আচমন তৌরগা যণ শোক্লগা নত্রগা নুমিৎ-দর্শন তৌরগা শেংগনি ॥ ৮৭ ॥

মমা, মপা নত্রগা মাগী আচার্য্যাদি নত্তনা সপিণ্ড অমা শিরকপা থোক্লবদি ব্রহ্মচারী ওইরিবা ব্রাহ্মণনা মাগী ব্রহ্মচর্য্য ব্রত অহু লোইদ্রিবা ফাওবদি কনাগীস্থ পূরক-পিণ্ডদাননচিংবা প্রেতগী থবক

বৃথাসঙ্করজাতানাং প্রব্রজ্যাসু চ তিষ্ঠতাম্।
আত্মনস্ত্যাগিনাঞ্চৈব নিবর্ত্তেতোদকক্রিয়া ॥ ৮৯
পাষণ্ডমাশ্রিতানাঞ্চ চরন্তীনাঞ্চ কামতঃ।
গর্ভভর্তৃদ্রুহাঞ্চৈব সুরাপীনাঞ্চ যোষিতাম্॥ ৯০
আচার্য্যংস্বমুপাধ্যায়ং পিতরং মাতরং গুরুম্।
নির্হৃত্যতু ব্রতী প্রেতান্ ন ব্রতেন বিযুজ্যতে ॥ ৯১
দক্ষিণেন মৃতং শূদ্রং পুরদ্বারেণ নির্হরেৎ।
পশ্চিমোত্তরপূর্বৈস্তু যথাযোগং দ্বিজন্মনঃ ॥ ৯২

---

অমত্তা তৌবা য়াদে। মাগী ব্রত অতুনা লোইরবদা প্রেতগী তৌবা হৌনবা তৌথোক্লগা হু'মিৎ হুমনি মাংলগা শেংগনি ॥ ৮৮ ॥

অয়েম্বদা পোক্লবা হায়বদি পঞ্চ-মহাযজ্ঞনচিংবগী থবক করিসু তৌদবনা মপোক অয়েম্বা ওইহল্লবা মী, সঙ্করজাতি হায়বদি অতোনবা বর্ণগী নিপানা অহেনবা বর্ণগী নূপী লৌতুনা পোকপা মী, বেদগী রাংমা লাম্থোক্তুনা ফিঙাঙনচিংবা শেৎচিন্দুনা লম্বোই-তুবোইবা শাশিন্নবা মী, অমদি হু-নচিংবা চাশিন্দুনা মথন্তা শিজবা মী—মখোয় অসিগীদি শিরগা হৌনবী করিসু তৌফরোই ॥ ৮৯ ॥

বেদগী রাংমা লানবা থবক তৌতুনা পাষণ্ডী ওইরবী নূপী, নিপা য়াম্না লোনবী নূপী, মচা য়ৈথবী নূপী, মপুরোইবা হাৎপী অমদি যু থকপী—অসিগুম্বী নূপীসু শিরগা পোৎলোইবনচিংবা করিসু তৌফরোই ॥ ৯০ ॥

ব্রহ্মচর্য্য ব্রত লোইত্রিবা মীনা মাগী আচার্য্য, তম্বীবা ওজা, মমা, মপা অমদি গুরু মখোয় অসিনা শিবদা মৈ থাবনচিংবা হৌনবী তৌরুবদা মাগী তৌজরিবা ব্রত অতু থক কায়বা লৈতে ॥ ৯১ ॥

শূদ্রনা শিরবদি যুমগী মথা মায়কৈদা পুথোক্লগা মোংক্ম য়োগনি ; অমুম তৌতুনা বৈশ্যগীনা নোংচুপ্পা, ক্ষেত্রিগীনা অরাং-লোমদা অতুগা ব্রাহ্মণ শিবগীনা নোংপোক্তা পুথোক্লগা মোংক্ম য়োগনি ॥ ৯২ ॥

ন রাজ্ঞামঘদোষোহস্তি ব্রতিনাং ন চ সত্ত্রিণাম্।
ঐন্দ্রং স্থানমুপাসীনা ব্রহ্মভূতা হি তে সদা ॥ ৯৩
রাজ্ঞো মাহাত্মিকে স্থানে সদ্যঃ শৌচং বিধীয়তে।
প্রজানাং পরিরক্ষার্থমাসনঞ্চাত্র কারণম্ ॥ ৯৪
ডিম্বাহবহতানাঞ্চ বিদ্যুতা পার্থিবেন চ।
গোব্রাহ্মণস্য চৈবার্থে যস্য চেচ্ছতি পার্থিবঃ ॥ ৯৫
সোমাগ্ন্যর্কানিলেন্দ্রাণাং বিত্তাপপত্যোর্যমস্য চ।
অষ্টানাং লোকপালানাং বপুর্ধারয়তে নৃপঃ ॥ ৯৬

---

হৌনবী অভিষেকনচিংবা তৌহুনা ওইখ্রবা নিংথৌনা নিংথৌগী থবক তৌনা তৌনা, ব্রহ্মচর্য্য ব্রত তৌরিবা ব্রহ্মচারীনা অহুগা যজ্ঞ তৌবিঙৈদা তৌবিবা মী অতৃগী সপিণ্ডগী চাবোকপা নত্রগা শিবদা থক মাংলোই। মবমদি, নিংথৌনা মথৌ তৌরিঙৈদদি ইন্দ্রগী মশক্তি, ব্রহ্মচাবীনা চান্দ্রায়ণনচিংবা ব্রতগী মপু ওইরি অহুগা যজ্ঞ তৌবা মীনা গোমেধনচিংবা যজ্ঞগী মপু ওইরি—অসিগুম্বা মতম অসিদদি মখোয খুদিঙ্মক ব্রহ্মভাবতা লৈবি ॥ ৯৩ ॥

সপিণ্ডগী পোকপা-শিবদা নিংথৌদি খুদক্তা অহুম্মক শেংগনি। মরমদি, সিংহাসন্দা ফমহুনা লৈবা, রাযেন-থৌদানচিংবা তৌরিবা ওইবনা অমাংবা লৈতে হায়বদি সিংহাসন্দবু ফম্নবদি থক মাংদে ॥ ৯৪ ॥

নিংথৌ যাওদবা লানফমদা শিববা মী, বজ্রনা থাহুনা নত্রগা নিংথৌগী দণ্ডিনা শিরবা মী, মণ-ব্রাহ্মণ কন্নবা হোৎনবদা শিরবা মী অহুগা শান্তি থন্নবগীদমক্তা নিংথৌনা শেংহন্নিঙ্বা মী—মখোয় অসিগী শাগৈদি খুদক্তা হেক্তুমক শেংগনি ॥ ৯৫ ॥

নিংথৌদি—চন্দ্র ( থা ), অগ্নি ( মৈ ), সূর্য্য ( নুমিৎ ), বায়ু ( নুংশিৎ ), ইন্দ্র ( শোরারেন ), কুবের ( লনগী মপু ), বরুণ ( ঈশিংগী মপু ) অমসুং যম ( অশিবগী মপু )—হায়বা মায়গৈ ছাকপা ৮ অসিগী মশক লৌহুনা লৈ ॥ ৯৬ ॥

লোকেশাধিষ্ঠিতো রাজা নাস্যাশৌচং বিধীয়তে।
শৌচাশৌচং হি মর্ত্ত্যানাং লোকেশপ্রভবাপ্যয়ম্‌ ॥ ৯৭
উদ্যতৈরাহবে শস্ত্রৈঃ ক্ষত্রধর্ম্মহতস্য চ।
সদ্যঃ সন্তিষ্ঠতে যজ্ঞস্তথাশৌচমিতি স্থিতিঃ ॥ ৯৮
বিপ্রঃ শুধ্যত্যপঃ স্পৃষ্ট্বা ক্ষত্রিয়ো বাহনায়ুধম্‌।
বৈশ্যঃ প্রতোদং রশ্মীন্‌ বা যষ্টিং শূদ্রঃ কৃতক্রিয়ঃ ॥ ৯৯
এতদ্বোঽভিহিতং শৌচং সপিণ্ডেষু দ্বিজোত্তমাঃ।
অসপিণ্ডেষু সর্ব্বেষু প্রেতশুদ্ধিং নিবোধত ॥ ১০০

---

নিংথৌদা মায়গৈ ঙাকপা লাইশিংগী মঙান ফাওই—মবম অতুনা নিংথৌগীদি মাংবা লৈতে। মবমদি মাযগৈঙাকপা লাইশিং অসিগী প্রভাবতনা ( মতিক-মগুণতনা ) মীওইবগী অমাং-অশেংগী মরম থোকহল্লিবনি ॥ ৯৭ ॥

কনাগুম্বা ক্ষেত্রিনা মশাগী ধর্ম্ম মতুংইন্না মাযোক্নবা লানফমদা থুৎলাইনা পান্দুনা শিববদি জ্যোতিষ্টোমনচিংবা যজ্ঞগী ফল অহু মহাক্না থুদক্কা ফংই অমসুং মাগীদমক্তা মাংগদবা অহুসু খুদক্কা শেংহল্লি—মসিমক শাস্ত্রগী ব্যবস্থানি ॥ ৯৮ ॥

* ব্রাহ্মণনা যুম শেংলগা শ্রাদ্ধনচিংবা কর্ম্ম তৌবা লোইরগা ঈশিং শোক্লগা ( ঈরুজবগা ) শেংই ; ক্ষেত্রি মচানা ঈকজরগা শামুনচিংবা তোংননবা পোৎ অমদি খুৎসু-খুৎলাই শোক্লগা শেংই, বৈশ্যনা ষণগী শাজে নত্রগা কোন-থৌবী অমসুং শূদ্রনা মাগী শেংবগী থবক লোইববদা হৌনবী তৌবগা রাগী চৈশুনচিংবা শোক্লগা শেংবা ওই ॥ ৯৯ ॥

হে অথোইবা দ্বিজ পূম্নমক। সপিণ্ড ( মীরোন ৭। ৭ কী মীনা ) শিরগা কবম্না মাংবা হৌনবগে হাযবতু নখোয়দা হায়রে।

---

* মেধাতিথিগী মত-তু -ঈশিং শোকপা লায়বাদ স্নান তৌবা হায়বসি যুমশেংবা হুমিত্তা তৌগদবনি, শ্রাদ্ধগী মতমদদি পূম্নমক শোকপা য়ানা শেংগ্র-বনা শ্রাদ্ধ লাইরগদি অমুক শেংনুকন লৈত্রে।

অসপিণ্ডং দ্বিজং প্রেতং বিপ্রো নির্হৃত্য বন্ধুবৎ।
বিশুধ্যতি ত্রিরাত্রেণ মাতুরাপ্তাংশ্চ বান্ধবান্ ॥ ১০১
যদ্যন্নমত্তি তেষান্তু দশাহেনৈব শুধ্যতি।
অনদন্নন্নমহ্নৈব ন চেৎ তস্মিন্ গৃহে বসেৎ ॥ ১০২
অনুগম্যেচ্ছয়া প্রেতং জ্ঞাতিমজ্ঞাতিমেব বা।
স্নাত্বা সচেলং স্পৃষ্ট্বাগ্নিং ঘৃতং প্রাশ্য বিশুধ্যতি ॥ ১০৩
ন বিপ্রং স্বেষু তিষ্ঠৎসু মৃতং শূদ্রেণ নায়য়েৎ।
অস্বর্গ্যা হ্যাহুতিঃ সা স্যাচ্ছূদ্রসংস্পর্শদূষিতা ॥ ১০৪

---

হুজিক্তি সপিণ্ড নত্তবশিংনা শিবগা কবম মাংগদগে হায়বত্ন হায়বক্কে তাবীযু ॥ ১০০ ॥

সমানোদক'তি নত্তবা অসপিণ্ডনা ( অসপিণ্ড—সপিণ্ডগী থক-খাগী মীবোন ৭। ৭ অতুদগী হেন্দোবখ্রবা ) শিবগা মবীমতা ওইনা ( মরূপ-মপিজা ওইনা ) মাবু মৈথাবনচিংবা হৌনবী সংস্কার তৌবগা ব্রাহ্মণনা অহিং অহুম মাংলগা শেংই। ইমাগী নরুবা শাগৈ শিবদা পুথোকপা অমদি সংস্কার যাওরুববসু অসুন্না অহিং অহুম মাংগনি ॥ ১০১ ॥

ব্রাহ্মণনা মী অতুগী মৈথাবা য়াওরুবগা মাগদি সপিণ্ড নৎনদ্রবা অশিবা মী অতুগীদি সপিণ্ড ওইরিবা ইমুংগী চাক চাহুনা মথোয় অতুগী ময়ুমদা অহুম্মক লৈববদি ব্রাহ্মণ অদুসু ১০নি অহুম মাংগনি। মথক্তা হায়রিবসি তৌদনা চুন্নগী মৈ থাবদং য়াওরুবগীদমক্তি অহিং অমগা নুংথিল অমগদা হেক্তমক শেংগনি ॥ ১০২ ॥

শাগৈবু ওইরবসু অতোপ্পা অমবু ওইরবসু নুংশিবদগী অশিবা পুথোকপা অমবু য়াওরুববদি শেৎলি-ইল্লিবা ফিগা লোয়ননা ঈরুজ-থোক্লগা মৈ শোক্তুনা ঘি চারগা শেংগনি॥ ১০৩ ॥

শাগৈ-নাতৈনচিংবা মী লৈনা লৈনা দ্বিজাতিগী অশিবা হক-চাংবু শূদ্রনা থক পুহনবা হৌনদে। অশিবা হকচাং অহু করিগুম্বা

জ্ঞানং তপোঽগ্নিরাহারো মৃন্মনো বার্য্যুপাঞ্জনম্ ।
বায়ুঃ কর্ম্মার্ককালৌ চ শুদ্ধেঃ কর্ত্তৃণি দেহিনাম্ ॥ ১০৫
সর্ব্বেষামেব শৌচানামর্থশৌচং পরং স্মৃতম্ ।
যোঽর্থে শুচির্হি স শুচির্ন মৃদ্বারিশুচিঃ শুচিঃ ॥ ১০৬
ক্ষান্ত্যা শুধ্যন্তি বিদ্বাংসো দানেনাকার্য্যকারিণঃ ।
প্রচ্ছন্নপাপা জপ্যেন তপসা বেদবিত্তমাঃ ॥ ১০৭
মৃত্তোয়ৈঃ শুধ্যতে শোধ্যং নদী বেগেন শুধ্যতি ।
রজসা স্ত্রী মনোদুষ্টা সন্ন্যাসেন দ্বিজোত্তমঃ ॥ ১০৮

---

শূদ্রনা শোকলুরবদি শিগ্রবা আত্মা অতুগী স্বর্গগী লম্বীদা অপনবা ওই ॥ ১০৪ ॥

তত্ত্বজ্ঞান, তপস্যা, মৈ, হবিষ্যান্ন ( ব্রতনচিংবদা চাবা য়াবা অশেংবা চীঞ্জাক ), ঈশিং, লৈপাক, অৰবা-পূক্লিঙ্, হুংশিং, মন্থীনা শেংদোকপা, অফবা থবক, হুমিং অমসুং মতম ( কাল )— অসি পুম্নমক মীওইবগী শেংদোক্নবা মবম মক্তনি ॥ ১০৫ ॥

লৈপাক ঈশিংনচিংবা শেংদোক্নবা পোৎলমশিংগী মনুংদা অর্থ-শৌচনা খ্ৱায়দগী হেল্লি । অর্থ-শৌচ হাযবদি মনুনচিংবা ঋষিশিংনা হায় ; মরম চুমদনা মীগী মরল লৌনবা হোৎনববু কৌই ॥ অসুন্না শেল তানবগী মরমদা তশেং তশেংবা মী অতুনা থাংগৈশেংবা অশেংবা হায়বত্তনি, অসিগুম্বা অর্থ-শুচি অসিদি য়াওদনা চুম্নগী লৈপাক ঈশিংতনা হকচাং শেংবদূবুদি শেংবা থক কৌদে ॥ ১০৬ ॥

ফত্তনবা তৌরকপা কনাগুম্ববু মাগী মাঙ্নবা তৌদবা পূক-চেন্না পণ্ডিতশিংনা শেংবা ওই ; ৌহৈদবা থবক তৌবা কাঙ্বুনা দান তৌবনা শেংবা ওই, লোন্না পাপ লঙ্শিনবা মীশিংনা জপ তৌবনা শেংবা ওই অতুগা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণনা তপ তৌবনা পাপ কোক্লে ॥ ১০৭ ॥

শেংবা য়াবা ফত্তবনচিংবদি লৈপাক অমদি ঈশিংনা শেং-দোকই, ঈশিংদা লোক-তিন তাহুনা ফৎহন্দবনা ঈশিং ঈচেল্না

অদ্ভির্গাত্রাণি শুধ্যন্তি মনঃ সত্যেন শুধ্যতি।
বিদ্যাতপোভ্যাং ভূতাত্মা বুদ্ধির্জ্ঞানেন শুধ্যতি॥ ১০৯
এষ শৌচস্য বঃ প্রোক্তঃ শারীরস্য বিনির্ণয়ঃ।
নানাবিধানাং দ্রব্যাণাং শুদ্ধেঃ শৃণুত নির্ণয়ম্॥ ১১০
তৈজসানাং মণীনাঞ্চ সর্ব্বস্যাশ্মময়স্য চ।
ভস্মনাদ্ভির্মৃদা চৈব শুদ্ধিরুক্তা মনীষিভিঃ॥ ১১১
নির্লেপং কাঞ্চনং ভাণ্ডমদ্ভিরেব বিশুধ্যতি।
অব্জমশ্মময়ঞ্চৈব রাজতঞ্চানুপস্কৃতম্॥ ১১২

---

শেংহল্লি, অতোপ্পা নিপাগা তিন্ননিঙ্‌বী নূপীবুনা (পূকচেল মরুবী) থাগী ঋতু ওইবনা শেংহল্লি অতুগা অথোইবা দ্বিজশিংনা * সন্ন্যাস তৌবনা শেংহল্লি ॥ ১০৮ ॥

ঈশিংনা হকচাং শেংহল্লি, রাচুম ঙাঙ্‌বনা পূক্লিঙ্‌ শেংহল্লি, মহৈ হৈবনা অমসুং অকনবা লাইনিঙ্‌না জীবাত্মা ( ঐগী 'ঐ' ) বু শেংহল্লি অমসুং তত্ত্বজ্ঞাননা পূক্লিঙ্‌-লৌশিংবু শেংদোকই ॥ ১০৯ ॥

হকচাং শেংদোকপগী মবমদি হায়রিবশিং অসিনি। তুজীক্তি মখল-মখা অয়াম্বা পোৎচৈ শেংদোকপগী রা অমুক হায়গে তাও ॥ ১১০ ॥

সনা লুপানচিংবা ধাতুগী পোৎ; মবকতনচিংবা মণিনা শাবা পোৎ অমদি নুঙ্‌না শাবা পোৎ পুম্নমক অসিবু লুখাক-চৈখাক্লচিংবা তৈরবদি ঊৎ, লৈপাক, ঈশিং অহুম অসিনা শেংহল্লি হায়না পণ্ডিতশিংনা হায় ॥ ১১১ ॥

লুখাক্লচিংবা তৈবা নত্রবদি অতুমদি ওইরগা লুখাকদি শম্নরুবা ওইরবদি অতুগা অচু-অরাকসু থোইদোকপা লৈত্রবদি সনাগী পাত্র, ঈশিংদগী ঋংবা মোইবুং কোংগ্রেঙ্‌নচিংবা, নুঙ্‌না অমসুং লুপানা শাবা পাত্র—মখোয় অসি ঈশিং ঈচমতনসু চাম্লগা অতুম্মক শেংহল্লি ॥ ১১২ ॥

---

* সন্ন্যাসকী মরমদি তরুকশুবা অধ্যায়দা হায়রকখিগনি।

অপামগ্নেশ্চ সংযোগাদ্ধেমং রূপ্যঞ্চ নির্ব্বভৌ।
তস্মাৎ তয়োঃ স্বযোন্যৈব নির্ণেকো গুণবত্তরঃ॥ ১১৩
তাম্রায়ঃকাংস্যরৈত্যানাং ত্রপুণঃ সীসকস্যচ।
শৌচংযথার্হং কর্ত্তব্যং ক্ষারায়োদকবারিভিঃ॥ ১১৪
দ্রবাণাঞ্চৈব সর্ব্বেষাং শুদ্ধিরুৎপবনং স্মৃতম্।
প্রোক্ষণং সংহতানাঞ্চ দারবাণাঞ্চ তক্ষণম্॥ ১১৫
মার্জ্জনং যজ্ঞপাত্রাণাং পাণিনা যজ্ঞকর্ম্মণি।
চমসানাং গ্রহাণাঞ্চ শুদ্ধিঃ প্রক্ষালনেন তু। ১১৬
চরূণাং স্রুকস্রুবাণাঞ্চ শুদ্ধিরুষ্ণেন বারিণা।
স্ফ্যশূর্পশকটানাঞ্চ মুষলোলূখলস্য চ॥ ১১৭

---

সনা লুপাদি মৈগা ঈশিংগা তিন্নতুনা থোক্লকপনি, মরম অতুনা মশাগী হৌরকফম ওইবা মৈ, ঈশিং অতুনা মখোয়বু অতুম্মক শেংহল্লি॥ ১১৩॥

কোরী, য়োং, শেঙ্গেং, পীথ্রাই, রাং অমস্সুং মিশিনা শাবা পাত্র পুম্নমক—উং, হৈগুম্না শীনবা পোং অমদি ঈশিং—অহুম অসিগী মরক্তা মাগী মাগী শেংনবা য়াবা পোং অতুনা অতুম্মক শেংদোক্লগনি॥ ১১৪॥

ঘি থাউনচিংবা থুয়া অমরোমবু ক্বাক অমদি তীলনচিংবনা মাংথোক্লবদি ছুই অমা শাংবা কুশ মনা অনি তিন্নতুনা ওংখায়রগা শেংই। ফম্মুংগী মোম্পাক্লম্বা অথাবা পোংতি ঈশিং খীক্তোক্লগা শেংই অতুগা উনা শাবা পোং মখৈনা করিগুম্বা লুখাক্লচিংবা ফত্তবা পোং তৈরবদি থেক্তোক-চামথোক্লগা শেংই॥ ১১৫॥

যজ্ঞদা য়াওবা চমস ( ঈশিং হাপ্নবা পাত্র ), গ্রহ ( সোমরস -হাপ্নবা পাত্র ) অমস্সুং যজ্ঞগী অতোপ অতোপ্পা পাত্র পুম্নমক খুৎনা নাম্থোক্লগা ঈশিংনা চামথোক্লবদি শেংই॥ ১১৬॥

চরু থোংনবা পাত্র, স্রুব-স্রুক্, স্ফ্য ( থাঙ্গ মওঙ মানবা

অদ্ভিস্তু প্রোক্ষণং শৌচং বহূনাং ধান্যবাসসাম্‌।
প্রক্ষালনেন ত্বল্পানামদ্ভিঃ শৌচং বিধীয়তে ॥ ১১৮
চেলবচ্চর্ম্মণাং শুদ্ধির্বৈদলানাং তথৈব চ।
শাক-মূল-ফলানাঞ্চ ধান্যবচ্ছুদ্ধিরিষ্যতে ॥ ১১৯
কৌষেয়াবিকয়োরূষৈঃ কুতপানামরিষ্টকৈঃ।
শ্রীফলৈরংশুপট্টানাং ক্ষৌমাণাং গৌরসর্ষপৈঃ ॥ ১২০
ক্ষৌমবচ্ছঙ্খশৃঙ্গাণামস্থিদন্তময়স্য চ।
শুদ্ধির্বিজানতা কার্য্যা গোমূত্রেণোদকেন বা ॥ ১২১

---

উনা শাবা পোৎ ), যাংকোক, গাড়ী, শূক শূম্বন অসিনচিংবা যজগী পোৎ পূম্নমক অসিদি ঈশিং অশাবনা চামথোক্লগা শেংই ॥ ১১৭ ॥

করিগুম্বদা ফৌ মযাম অমদি ফি মযাম পুল্লপ্না ম্যাংগ্রবদি ঈশিং খিক্তোক্লগা শেংই অতুগা যামদবগীদি চামথোক্লগা শেংই॥ ১১৮ ॥

খোঙ্‌উপ খুরুম্নচিংবনা শোক্লবা শউন নত্রগা য়ানানচিংবনা শাবা ফরুচিংবদি ফিগুম্না অতুম্মক শেংগনি। ঈনশাং নাপী, আলু মংগ্রানচিংবা লৈনুংগী পোৎ অমদি উহৈ—মখোয় অসিনা ফৌগুম্না শেংগনি ॥ ১১৯ ॥

রেশমগী ফি ( মুগা ), যাউ মতুনা শাবা ফিদি—খরী নত্রগা থুম য়াওবা লৈপাক্না শেংই, কুতপ হায়বদি নেপাল দেশতা থোকপা কম্বলগী জাৎ অতুদি অরিষ্ট হাযনা কৌবা ফি শূনবা উহৈ অতুগী মকূপ্না শূদোক্লগা শেংই, অংশুপট্ট (উকুফিনচিংবা) দি হৈখাগোককী মনপ অতুনা শেংই, অতুগা উরংগী ফিনা হংগাম মরূ অঙৌবা মকূপ্না শূরগা শেংই ॥ ১২০ ॥

মোইবুং, শা-মচি, শোকপা য়াবা শাগী শরূ নত্রগা মরূনা শাবা পোৎচৈদি উরংগুম্না যণযুং নত্রগা ঈশিংগা য়ানরবা হংগাম মরূ অঙৌবা মকূপ্না শেংগনি ॥ ১২১ ॥

প্রোক্ষণাৎ তৃণকাষ্ঠঞ্চ পলালঞ্চৈব শুধ্যতি।
মার্জ্জনোপাঞ্জনৈর্বেশ্ম পুনঃপাকেন মৃন্ময়ম্ ॥ ১২২
মদ্যৈর্মূত্রৈঃ পুরীষৈর্বা ষ্ঠীবনৈঃ পূয়শোণিতৈঃ।
সংস্পৃষ্টং নৈব শুধ্যেত পুনঃ পাকেন মৃন্ময়ম্ ॥ ১২৩
সম্মার্জ্জনোপাঞ্জনেন সেকেনোল্লেখনেন চ।
গবাঞ্চ পরিবাসেন ভূমিঃ শুধ্যতি পঞ্চভিঃ ॥ ১২৪
পক্ষিজগ্ধং গবাঘ্রাতমবধূতমবক্ষুতম্।
দূষিতং কেশকীটৈশ্চ মৃৎপ্রক্ষেপেণ শুধ্যতি ॥ ১২৫

---

নাপী-শীংবী, চাকথোংশীং, চরা—মথোয় অসিদি ঈশিং থিক্তোরক্লগা শেংই। থী-মুংনা মাংলবা অমদি রজস্বলা (মশা শেংদবী) নূপী লৈবনা মাংহল্লবা ঈমুংদি শেংদোক্তূনা (লোথোক্তূনা) ষষ্ঠীনচিংবনা তৈথোক্লগা শেংই অতুগা লৈপাক্লা শাবা চফূ-উয়ান্ন-চিংবদা লুখাক্লচিংবা অমাংবা পোৎকা শন্নবগীদি অমুক হন্না মৈ ঈক্লগা শেংগনি ॥ ১২২ ॥

লৈপাক্কী পাত্রদা, য়ু, হক্কী ঈশিং, অমাংবা (থী), লোক-তিন, নাই নত্রগা ঈ-নচিংবা হাপ্লকুবা নত্রগা তৈবা-খোৎপা তৌথ্রবদি মতু অমুক শেংবা য়াদ্রে ॥ ১২৩ ॥

ষষ্ঠীনা তৈথোকপা, ষনয়ুং চাইথোকপা, তৌথোকপা অতুগা অহিং অমা যণ পুনশিনবা—মরম মঙা অসিনা লৈপাক (লৈমায়) কী শেংবা ওই ॥ ১২৪ ॥

মীনা মশা-চানবা উচেক্লা হন্দূনা চাথ্রবা অচাপোৎ, যণনা মনম নমথ্রবা, ফীজি-ফীনানা নত্রগা খোঙ্না শোকথ্রবা পোৎ, হাকৃথী খজিনথ্রবা অমদি শম অমসুং তীলনচিংবা তারম্লবা পোৎ—অসিগুম্বা চান-খক্লবা পোৎশিং অসিদি লৈপাক থরা চাইশিল্লগা শেংবা ওই ॥ ১২৫ ॥

**যাবন্নাপৈত্যমেধ্যাক্তাদ্গন্ধো লেপশ্চ তৎকৃতঃ।**
**তাবন্মৃদ্বারি চাদেয়ং সর্ব্বাসু দ্রব্যশুদ্ধিষু ॥ ১২৬**
**ত্রীণি দেবাঃ পবিত্রাণি ব্রাহ্মণানামকল্পয়ন্।**
**অদৃষ্টমদ্ভির্নির্ণিক্তং যচ্চ বাচা প্রশস্যতে ॥ ১২৭**
**আপঃ শুদ্ধা ভূমিগতা বৈতৃষ্ণ্যং যাসু গোর্ভবেৎ।**
**অব্যাপ্তাশ্চেদমেধ্যেন গন্ধবর্ণরসান্বিতাঃ ॥ ১২৮**
**নিত্যং শুদ্ধঃ কারুহস্তঃ পণ্যে যচ্চ প্রসারিতম্।**
**ব্রহ্মচারিগতং ভৈক্ষ্যং নিত্যং মেধ্যমিতি স্থিতিঃ ॥ ১২৯**

---

করিগুম্বা পোৎ অমা থী-য়ুংনচিংবা শম্নরুবদগী মাংবা থোক্লবদি মনম অমদি তৈরি-চুরিবত্থু কোক্তিব্রমখৈ লৈপাক ঈশিংনা তক-থোক্লগা শেংগনি ॥ ১২৬ ॥

করিগুম্বা অমাংবা পোৎকা শোক্ল-শম্নবগী দোষ উদ্রবা, শেংনা ফেংদোক-চামথোক্লবা অত্থুগা মতিক চাবা মীনা মসি শেংলবনি হায়না তাক্লবা অসিগুম্বা মরম অহুম অসিনা শেংলবা পোৎশিং অসিদি ব্রাহ্মণনা শীজিন্নবা য়াই হায়না লাইশিংনা লেপ্লম্মী ॥ ১২৭

মণগী খৌরাংবা-কোক্লবা-য়াবা অত্থুকপু য়াম্লবদি অত্থুগা অশেংবা লৈবাক্তা তুংবগা ওইরবদি অত্থুগা মশাগী ওইবা মনম, মচু অমসুং মহাউ অত্থু রাত্তনা চেল্লবদি অমসুং অমাং-অশোয়ন-চিংবগা তাদ্রবদি অত্থুগুম্বা ঈশিং অত্থু অশেংবনি খঙ্নগনি ॥ ১২৮ ॥

ফিনচিংবা মচু-মমেন শঙ্বা অত্থুগা লৈপরেং লেংবনচিংবা তৌত্থুনা চাবা ( মালী ) অসিনচিংবা খুৎশা হৈবগী থবক তৌবশিংনা মখুৎনা মাগী মাগী মশিন তৌরিঙৈ মতমদদি অত্থুম্মক শেংই, অত্থুগা অথোংবা চাক নত্তনা কৈথেল্দা য়োল্লনবা থারিবা পোৎ পুম্নমকসু মীয়াম্না মথং মথং শোক্লখ্রবা ওইত্থুনসু অত্থুগা ব্রহ্মচারীনা ফংলকপা ভিক্ষাগী পোৎ মখৈসু মতম পুম্নমক্তা অত্থুম্মক শেংগনি—মসি শাস্ত্রগী মঙ্গিম্নানি ॥ ১২৯ ॥

নিত্যমাস্যং শুচি স্ত্রীণাং শকুনিঃ ফলপাতনে।
প্রস্রবে চ শুচির্বৎসঃ শ্বা মৃগগ্রহণে শুচিঃ ॥ ১৩০
শ্বভির্হতস্য যন্মাংসং শুচি তন্মনুরব্রবীৎ।
ক্রব্যাদ্ভিশ্চ হতস্যান্যৈশ্চণ্ডালাদ্যৈশ্চ দস্যুভিঃ ॥ ১৩১
ঊর্দ্ধং নাভের্যানি খানি তানি মেধ্যানি সর্ব্বশঃ।
যান্যধস্তান্যমেধ্যানি দেহাচ্চৈব মলাশ্চ্যুতাঃ ॥ ১৩২
মক্ষিকা বিপ্রুষশ্ছায়া গৌরশ্বঃ সূর্য্যরশ্ময়ঃ।
রজো ভূর্বায়ুরগ্নিশ্চ স্পর্শে মেধ্যানি নির্দ্দিশেৎ ॥ ১৩৩
বিণ্মূত্রোৎসর্গশুদ্ধ্যর্থং মৃদ্বার্য্যাদেয়মর্থবৎ।
দৈহিকানাং মলানাঞ্চ শুদ্ধিষু দ্বাদশস্বপি ॥ ১৩৪

---

নূপীগী মায়থোংদি মতম পূম্বদা শেংই, কাক্কচিংবপী মচীন্না হন্দুনা কেল্লকপা উহৈত্তসু শেংই; শংগোম শুম্বা মতমদা যম্নাউ মচীন অত্থ অত্থম্মক শেংই, অত্থগা শঙ্গিনচিংবা হাৎপা মতমদা হূইরোয়শিংগী মচীল অত্থসু শেংই ॥ ১৩০ ॥

মহুনা হায়রম্মী—হূইনা হাৎপা চানবা-য়াবা শা অমসুং উচেক্কী মশা অত্থ শেংই। শাহিং চাবা শা উচেক্না হাত্তূনা পুরকপা শা-গী অত্থসু শেংই অমসুং চণ্ডালনচিংবা ব্যাধ (শাতানবা) শিংনা হাত্তূনা পুরকপা শাগী মশা অত্থসু শেংই ॥ ১৩১ ॥

মীওইবা হকচাংদা খোয়দৌ মথক্কী ইন্দ্রি পূম্নমক শেংই, মখাগী ইন্দ্রিমখৈনা মাংই—মহু শোক্লুরবদি শেংদ্রে অত্থগা হকচাংদগী থোক্লকপা ফত্তবা পূম্নমকসু অশেংবা নত্তে ॥ ১৩২ ॥

অমাংবা মফমদা তোংবা হয়িং, চৌন্দগী থোকখিবা ঈশিং মরীক, জাৎ তারবা মীগী মমি অমদি ষণ, শগোল, হুমিৎ মণ্ডাল, উফুল, নৈপাক, মুংশিৎ, মৈ—পূম্নমক অসিদি শোকহৈদবনা শোক্ল-বসু অশেংবনি হায়না খঙ্নগনি ॥ ১৩৩ ॥

খোঙ্হাম-খুৎহাম্বদা শৌচখোঙ্নচিংবদা পকহোবা খী, মুংন-চিংবহ্ নৈপাকা ঈশিংগনা শেংদোকনি। হায়রকদৌরিবা মীওইবা

বসা শুক্রমসৃঙ্মজ্জা মূত্রং বিট্ ঘ্রাণ-কর্ণবিট্।
শ্লেষ্মাশ্রু দূষিকা স্বেদো দ্বাদশৈতে নৃণাং মলাঃ ॥ ১৩৫
একা লিঙ্গে গুদে তিস্রস্তথৈকত্র করে দশ।
উভয়োঃ সপ্ত দাতব্যা মৃদঃ শুদ্ধিমভীপ্সতা ॥ ১৩৬
এতচ্ছৌচং গৃহস্থানাং দ্বিগুণং ব্রহ্মচারিণাম্।
ত্রিগুণং স্যাদ্বনস্থানাং যতীনাস্তু চতুর্গুণম্ ॥ ১৩৭
কৃত্বা মূত্রং পুরীষং বা খান্যাচান্ত উপস্পৃশেৎ।
বেদমধ্যেষ্যমাণশ্চ অন্নমশ্নংশ্চ সর্ব্বদা ॥ ১৩৮

---

হকচাংদগী থো কপা অমাংবনচিংবা ফত্তবা মখল ১২ অসিমকস্মু মথক্কী অস্মুন্না শেংদোক্কনি। অহুগা মহুগী মন্নুংদা অহানবগী নুরানচিংবা ফত্তবা মথল ৬ থক্তি লৈপাক ঈশিংনা শেংগনি অরেম্বা মথৈনা ঈশিংতনা শেংগনি ॥ ১৩৪ ॥

হকচাংগী মরেক-মহাউদগী ওল্লকপা নুরা, বীর্য্য, ঈ, তোং, হক্কী-ঈশিং, অমাংবা ( থী ), নাতোন নপ্‌থী, নাকোঙ্ নপ্‌থী, লোক-তিল, মিত্তগী তারকপা পি, মিৎশাং অমদি হুমাং—মখল ১২ অসি হকচাংগী অমাংবনি ॥ ১৩৫ ॥

খোঙ হাম্বা ( থী ফায়বা ), ঈশিং চৎপা তৌরগা শেংদোক্কে হায়রবদি লৈপাক্তা ঈশিং থাহুনা তরুগা মহু পকপা খুৎ অহুনা লিঙ্গ ( হকচাং ) দা অমুক, শৌচথোঙ্‌দা অহুম্নক, ওয়গী খুৎনা ১০ রক অহুগা খুৎ অনিমক তিন্নরগা অমুক ১০রক নোইহুনা শেং-দোক্কনি ॥ ১৩৬ ॥

হায়রিবা শেংবগী নিয়মশিং অসি মযুম পানবা মীশিংগী-দমক্তনি। ব্রহ্মচারীগীদি হায়রিবশিং অসি শরুক অনি অনি ওইগনি। মযুম থাদোক্তুনা বনদা লাইনিঙ্‌বা চৎথ্রবশিংগীদি মহুগী শরুক ৩। ৩ অহুগা যতি ( লম্বোইবা ) শিংগীদি মহুগী শরুক ৪। ৪ ওইগনি ॥ ১৩৭ ॥

ত্রিরাচামেদপঃ পূর্ব্বং দ্বিঃ প্রমৃজ্যাৎ ততো মুখম্।
শারীরং শৌচমিচ্ছন্ হি স্ত্রী শূদ্রস্তু সকৃৎ সকৃৎ॥ ১৩৯
শূদ্রাণাং মাসিকং কার্য্যং বপনং ন্যায়বর্ত্তিনাম্।
বৈশ্যবচ্ছৌচকল্পশ্চ দ্বিজোচ্ছিষ্টঞ্চ ভোজনম্॥ ১৪০
নোচ্ছিষ্টং কুর্ব্বতে মুখ্যা বিপ্রুষোঽঙ্গে পতন্তি যাঃ।
ন শ্মশ্রূণি গতান্যাস্যং ন দন্তান্তরধিষ্ঠিতম্॥ ১৪১
স্পৃশন্তি বিন্দবঃ পাদৌ য আচাময়তঃ পরান্।
ভৌমিকৈস্তে সমা জ্ঞেয়া ন তৈরপ্রয়তো ভবেৎ॥ ১৪২

---

খোঙ্‌হাম্বা অমসুং ঈশিং চৎপা লোইবগা অসুন্না শেংদোক্লবদা আচমন তৌবগা খোয়দৌগী মথক থংবদা লৈবা হকচাংগী ইন্দ্রি মখুলমথৈ খুৎনা শোক্কনি। বেদ তমদ্রিবৈদা (তম্লমদাইদা) অমসুং চাক তোকপদসু মতম পূন্নমক্তা অসুম তৌনা আচমন তৌগনি॥ ১৩৮॥

অসিগুম্বা আচমন অসি তৌবগী মওঙ্‌দি—ঈশিং অহুম্লক থক্কনি অহুগা চীনবান অনিমক শেংদোক্কনি। অসুন্না হকচাংবু শেংদোক্লিঙ্‌বী নূপী অমদি শূদ্রদি ঈশিং অমূক্তমক থক্কনি হায়বদি চীনবাক্তদা ঈশিংনা শোকহল্লগসু তোক্কনি॥ ১৩৯॥

ব্রাহ্মণগী সেবা তৌরিবা শূদ্রদি থা খুদিঙ্‌গী ওইনা মক্ক কোক-থোক্কনি অমসুং পোকপা শিবগী য়ুম্মাং-য়ূম্নশেংনচিংবা বৈশ্যগা মান্ননা তৌগনি অহুগা ব্রাহ্মণনা চাবগী অবেম্বা অহু চাগনি॥ ১৪০॥

চীন্দগী থোক্লকপা ঈশিং মরীক্তা হকচাংদা চোংবদা হকচাংগী অমাংবা ওইদে, নাতোনশূমাঙ অমদি থদাঙ্ কোইনা য়াহুং চঙ্-খিবসু মাংবা লৈতে অহুগা য়া কারক্তা চঙ্খিবা লোথোকপা য়াত্রবা চাক-ঈনশাং মকূপ অহুনসু চীনবু মাংহনবা থক ওমদে॥ ১৪১॥

মী অমদা আচমন তৌনবা ঈশিং পীবদা অপীবা মীগী মখোঙ্‌দা ঈশিং তাপ্রবদা ঈশিং পীরিবা মী অহুগী মাংবা লৈতে মরমদি ঈশিং অহু অশেংবা লৈপাক্তা তুংবা ঈশিংগুম্না শেংই॥১৪২॥

উচ্ছিষ্টেন তু সংস্পৃষ্টো দ্রব্যহস্তঃ কথঞ্চন।
অনিধায়ৈব তদ্দ্রব্যমাচান্তঃ শুচিতামিয়াৎ॥ ১৪৩
বান্তো বিরিক্তঃ স্নাত্বা তু ঘৃতপ্রাশনমাচরেৎ।
আচামেদেব ভুক্ত্বান্নং স্নানং মৈথুনিনঃ স্মৃতম্॥ ১৪৪
সুপ্ত্বা ক্ষুত্বা চ ভুক্ত্বা চ নিষ্ঠীব্যোক্ত্বানৃতানি চ।
পীত্বাপোহধ্যেষ্যমাণশ্চ আচামেৎ প্রয়তোহপি সন্॥ ১৪৫
এষ শৌচবিধিঃ কৃৎস্নো দ্রব্যশুদ্ধিস্তথৈব চ।
উক্তো বঃ সর্ব্ববর্ণানাং স্ত্রীণাং ধর্ম্মান্ নিবোধত॥ ১৪৬
বালয়া বা যুবত্যা বা বৃদ্ধয়া বাপি যোষিতা।
ন স্বাতন্ত্র্যেণ কর্ত্তব্যং কিঞ্চিৎকার্য্যং গৃহেষ্বপি॥ ১৪৭

---

করিগুম্বা পোৎ অমা পুদুনা চৎলিডৈদা মচীন তেংত্রিবা মী অমনা শোক্লরবদি পোৎ অদু লৈপাক্তা থাদ্রবসু পুরিবা মী অদুনা আচমন তৌথোক্লবদি পোৎসু মীসু অদুম্মমক শেংমিন্নৈ॥ ১৪৩॥

করিগুম্বা ওথোক্লবদি ঈকজরগা ঘি খরা চাগনি; চাক তোক্লগা ওরবদি আচমন তৌরগা শেংই, অদুগা ঋতু ওইবী নুপীনা মকোক লুজরগা শম্নরুবদি (গর্ভাধান তৌরুরবদি) ঈরুজথোক্লগা শেংগনি॥ ১৪৪॥

তুমথরুরবদি, হাকথী খল্লবদি, করিগুম্বা অমা চারবদি, লোক শীৎলুরবদি, মীনম্বা হায়রুরবদি, ঈশিং থকলুরবদি অদুগা বেদ তম্বা তারবদি হান্নদগী ফনমক শেংনা লৈদুনসু আচমন তৌগদবনি॥ ১৪৫॥

বর্ণ মরিমক্কী পোকপা শিবদা মাংবা শেংবগী মরম পুম্নমক নখোয়দা হায়রবসিনি। হুজিক্তি নুপীনা চৎকদবা ধর্ম্মগী মরম অমুক তারো॥ ১৪৬॥

নুপীতবু ওইরবদি পীক্লবসু চাউরবসু নত্রগা অহলবু ওইরবসু ইমুং-মচুংদা লৈমিন্নরিবা মপুরোয়বগী য়াথং নত্তনা করিগুম্বা থবক অমত্তসু মন্নাই থক মনিঙ তৌফদে॥ ১৪৭॥

বাল্যে পিতুর্বশে তিষ্ঠেৎ পাণিগ্রাহস্য যৌবনে।
পুত্রাণাং ভর্ত্তরি প্রেতে ন ভজেৎ স্ত্রী স্বতন্ত্রতাম্ ॥ ১৪৮
পিত্রা ভর্ত্রা সুতৈর্বাপি নেচ্ছেদ্বিরহমাত্মনঃ।
এষাং হি বিরহেণ স্ত্রী গর্হ্যে কুর্য্যাদুভে কুলে ॥ ১৪৯
সদা প্রহৃষ্টয়া ভাব্যং গৃহকার্য্যেষু দক্ষয়া।
সুসংস্কৃতোপস্করয়া ব্যয়ে চামুক্তহস্তয়া ॥ ১৫০
যস্মৈ দদ্যাৎ পিতা ত্বেনাং ভ্রাতা বানুমতে পিতুঃ।
তং শুশ্রূষেত জীবন্তং সংস্থিতঞ্চ ন লঙ্ঘয়েৎ ॥ ১৫১
মঙ্গলার্থং স্বস্ত্যয়নং যজ্ঞশ্চাসাং প্রজাপতেঃ।
প্রযুজ্যতে বিবাহেষু প্রদানং স্বাম্যকারণম্ ॥ ১৫২

---

নুপীনা অঙাং ওইরিঙৈদা মপাগী মখাদ', মথোন কাবকলবদনা মপুরোযবগী শেগাদা, অতুগা লুখ্রা ওইববদনা মচানিপাগী মখাদা লৈগনি—কৈদোঙৈদস্থ মনিঙ্ তৌফবোই ॥ ১৪৮ ॥

নুপীনা—মপা, মপুরোয়বা নত্রগা মচানিপাগা থাইদোক্লহনা কৈদোঙৈদস্থ তোপ্না লৈগে খল্লোইদবনি, মরমদি—মখোয মথন্তা তোঙান্না লৈরবদি মপাম অমদি নিপা ময়ুম অনিমক্কী মিংচৎ থীনবা মশক ওইরকই ॥ ১৪৯ ॥

মপুরোয়বনা শাউববদস্থ নুপীনা মতম পূম্নমক্তা হরাউনা মতম লেনগনি, য়ুমগী থবক থনাদা হৈশিংগনি, ঈমুংগী পোৎচৈ পুম্নমক তরু-তনান্না থমগনি অতুগা চাদিঙ্ তৌবা মতমদা থক খুৎচাউ থারোইদবনি ॥ ১৫০ ॥

মপামা নত্রগা মপাগী য়াথংনা, মবুংনা থাজবা নিপা (মপুরোয়বা) অতুগী শিবা তানবা ফাওবা সেবা তৌবা, লুখ্রা ওইরবদস্থ মপুরোয়ববু হল্লান্দবা (লম চোইথোক্কবা) হায়রবদি নত্তুবা শাজৎ চত্তুনা পতিব্রতা ধর্ম্ম থক মাঙ্ হন্দবা—অসিনা নুপীগী মরু ওইবা মখোনি ॥ ১৫১ ॥

নুপীগী লুহোঙ্-খোঙ্দোংবা মতমদা শোনবা শান্তি স্বস্ত্যয়ন-

অনৃতাবৃতুকালে চ মন্ত্রসংস্কারকৃৎ পতিঃ।
সুখস্য নিত্যং দাতেহ পরলোকে চ যোষিতঃ ॥ ১৫৩
বিশীলঃ কামবৃত্তো বা গুণৈর্বা পরিবর্জ্জিতঃ।
উপচর্য্যঃ স্ত্রিয়া সাধ্ব্যা সততং দেববৎ পতিঃ ॥ ১৫৪
নাস্তি স্ত্রীণাং পৃথগ্‌ যজ্ঞো ন ব্রতং নাপ্যুপোষিতম্।
পতিং শুশ্রূষতে যেন তেন স্বর্গে মহীয়তে ॥ ১৫৫

---

নচিংবা মন্ত্র অমদি প্রজাপতিদেবতাগীদমক তৌবা হোমনচিংবা পূন্নমক অতুদি চুম্নগী মঙ্গলগীদমক্তনি অমবোমদদি বাগ্দান (য়াথং থানবা) তৌগ্রিবা অতুদা অতুম্মক নূপীদি মপুরোয়বা ফংবা (মবূম পানবা) ওইখ্রবনি ;॥ মবম অতুনা বাগ্দান তৌবদগী হৌতুনা নূপীনা মপুরোয়বগী সেবা তৌবগদবনি ॥ ১৫২ ॥

হৌনবী লুহোঙ্‌বগী সংস্কারনা পুনখ্রবা মপুবোয়বা অদুনা নূপীগীদি মানা থাগী লৈ শাৎত্রিঙৈ, শাৎলিঙৈ অমদি অহল ওই-শিল্লক্তুনা লৈ শাৎখ্রিদ্রবা মতমদসু অমসুং চঙ্‌লিঙৈদসু অমদি শিরবদসু (মীবম-লাইবম অনিমক্তা) মতম পূন্নমক্তা নুংঙাইবা পীবিবা মপুনি ॥ ১৫৩ ॥

লমচৎ-ব্যবহার ফজদবা, মীগী নূপী কোযগনবা অমদি মহে-মশিন অমত্তসু হৈতবা মীওই অমা ওইরবসু সাধ্বী (মপুরোয়বা নিঙ্‌বী) ওইবী নূপীদি মপুবোযবা অদুবু লাইমক্সি খন্দুনা সেবা তৌগদবনি—কৈদৌঙৈদসু মপুবোয়ববু থৌশাদবা তৌরোই-দবনি ॥ ১৫৪ ॥

নূপীগীদি মপুরোয়বা নত্তনা তোঙানবা যজ্ঞনচিংবা ধর্ম্মগী থবক অমা লৈত্রে—মপুরোয়বগী য়াথং নত্তনা মানা তৌফম থোকপা কবিগুম্বা ব্রত নত্রগা চবাহেনবগী থবক অমত্তা লৈতে ; মপুরোয়বগী সেবা কায়দনা তৌবতনা নূপীনা ঈরায় লায়না স্বর্গ ফংই ॥ ১৫৫ ॥

পাণিগ্রাহস্য সাধ্বী স্ত্রী জীবতো বা মৃতস্য বা।
পতিলোকমভীপ্সন্তী নাচরেৎ কিঞ্চিদপ্রিয়ম্ ॥ ১৫৬
কামন্তু ক্ষপয়েদ্দেহং পুষ্পমূলফলৈঃ শুভৈঃ।
ন তু নামাপি গৃহ্ণীয়াৎ পত্যৌ প্রেতে পরস্য তু ॥ ১৫৭
আসীতামরণাৎ ক্ষান্তা নিয়তা ব্রহ্মচারিণী।
যো ধর্ম্ম একপত্নীনাং কাঙ্ক্ষন্তী তমনুত্তমম্ ॥ ১৫৮
অনেকানি সহস্রাণি কুমারব্রহ্মচারিণাম্।
দিবং গতানি বিপ্রাণামকৃত্বা কুলসন্ততিম্ ॥ ১৫৯
মৃতে ভর্ত্তরি সাধ্বী স্ত্রী ব্রহ্মচর্য্যে ব্যবস্থিতা।
স্বর্গং গচ্ছত্যপুত্রাপি যথা তে ব্রহ্মচারিণঃ ॥ ১৬০

---

মপুবোয়বা লৈরিঙৈদস্নু শিগ্গবদস্নু সতী ওইবী নুপীনা মপু-রোয়বগী লৈফম (পতিলোক) ফংজনবগীদমক্তনি হায়রুনা কৈদো-ঙৈদস্নু মপুরোয়বনা য়াদবা (য়ারমদবা) থবক থক তৌরোই-দবনি ॥ ১৫৬ ॥

মপুরোয়বনা শিগ্গবদা লুখ্রা ওইরবী নুপীনা মপাল-মরু-মহৈ-নচিংবা খরা খরদং চাহুনা পুন্সী ময়েং তাহনগনি, মপুক্লিঙ শেরান্ন-রক্তুনা কৈদোঙৈদস্নু অতোপ্পা নিপাগী মমিং ফাওবা মচীন্দা পল্লোইদবনি ॥ ১৫৭ ॥

অস্নুন্না মশানা হেক শিজ্রিবা ফাওবদি লুখ্রা ওইবী নুপীনা অরাবা থাঙতুনা অগদি নিয়ম চত্তুনা ময়াইকাবা পোং—শা-ঙা অমদি নিপা তিম্নবগী (লৈপুন) থবক্লচিংবা পুন্নমক থাদোক্তুনা ব্রহ্মচর্য্য ধর্ম্ম চত্তুনা অহেনবা ধর্ম্ম ফংনবগীদমক পুক্লিঙ চঙবনা সতী ওইবী নুপীগী মতৌনি ॥ ১৫৮ ॥

মপোক্কী নুপী থিজ্রবা কুমার-ব্রহ্মচারী-ব্রাহ্মণ লীশীং লীশীংনা মচা মশূ করি অমত্তসু শন্দোকপা তৌদনা মশাগী ব্রহ্মচর্য্য অহুতপী মপাললা স্বর্গলোক ফংনরি ॥ ১৫৯ ॥

অহুগুম্বা ব্রহ্মচারীশিং অহুগুম্বা সতী ওইবী নুপীনা মচাল্লিপা

অপত্যলোভাদ্যা তু স্ত্রী ভর্ত্তারমতিবর্ত্ততে।
সেহ নিন্দামবাপ্নোতি পতিলোকাচ্চ হীয়তে॥ ১৬১
নান্যোৎপন্না প্রজাস্তীহ ন চাপন্যপরিগ্রহে।
ন দ্বিতীয়শ্চ সাধ্বীনাং ক্বচিদ্ভর্ত্তোপদিশ্যতে॥ ১৬২
পতিং হিত্বাপকৃষ্টং স্বমুৎকৃষ্টং যা নিষেবতে।
নিন্দ্যৈব সা ভবেল্লোকে পরপূর্ব্বেতি চোচ্যতে॥ ১৬৩
ব্যভিচারাত্তু ভর্ত্তুঃ স্ত্রী লোকে প্রাপ্নোতি নিন্দ্যতাম্।
শৃগালযোনিং প্রাপ্নোতি পাপরোগৈশ্চ পীড্যতে॥ ১৬৪

---

পোক্ত্রবস্থু লুখ্রাবী ওইরবদা চৎপা হৌনবা মাগী ব্রহ্মচর্য্য ব্রত অতুতনা স্বর্গদা অতুম্মক য়ৌবা ঙম্মী॥ ১৬০॥

মচা পাম্বগীদমক্তা মপুরোযববু হুল্লান্দুনা ওক্ত-শাজৎ চৎপী ( অতোপ্পা নিপা নিঙ্বী ) নূপী অতুদি মীরমলেন অসিদস্থু মীনা মাবু নিন্দা তৌনৈ, অতুগা শিরগস্থু পতিলোক ( মপুরোয়বগী লৈফম ) তা থক লৈবা ফংদে॥ ১৬১॥

মপুরোয়বা নত্তনা অতোপ্পা নিপানা মরূ হুন্দুনা পোকপা মচাবু শাস্ত্রনা থক মচানি হায়না লৌখত্তে। মরমদি অসিগুম্বা মচা অসিদগী নিপা নূপী ( মতৈ-মনাউ ) অনিমক্কী ধর্ম্মগী থবক অমত্তস্থু থক ওইবা য়াদে। মপুরোয়বা নিঙ্বী নূপীনা অতোপ্পা নিপা অমা লাম্নুবগী নিয়ম থক লৈত্তে॥ ১৬২॥

মপুরোয়ববু ইনাক-কৈরাক খুন্দে, অচৌ-অশাং ওইদে, শাগৈ জাৎ ফত্তে, মঙোন্দা লৈরগা করিস্থু কান্নবা ফংলোই অসিনচিংবা হায়তুনা অতোপ্পা নিপা অমদা অমুক ওঙবী নূপী অতুদি তুমন্নি হায়না মীরমলেন অসিদা মাবুকন্নানস্থু মশক য়েংননিঙ্দে॥ ১৬৩॥

অতোপ্পা নিপা লাম্নবী নূপী অতুদি মীনা তাথীনৈ, শিরগনা লমহুই ওইনা পোকই অতুগা কোকঙমত্রবা লায়নানা য়োমহুনা মশা শোন্দুনতা লৈ॥ ১৬৪॥

পতিং যা নাভিচরতি মনোবাগ্‌দেহ সংযতা।
সা ভর্ত্তৃলোকানাপ্নোতি সদ্ভিঃ সাধ্বীতি চোচ্যতে ॥ ১৬৫
অনেন নারী বৃত্তেন মনোবাগ্‌দেহসংযতা।
ইহাগ্র্যাং কীর্ত্তিমাপ্নোতি পতিলোকং পরত্র চ ॥ ১৬৬
এবং বৃত্তাং সবর্ণাং স্ত্রীং দ্বিজাতিঃ পূর্ব্বমারিণীম্।
দাহয়েদগ্নিহোত্রেণ যজ্ঞপাত্রৈশ্চ ধর্ম্মবিৎ ॥ ১৬৭
ভার্য্যায়ৈ পূর্ব্বমারিণ্যৈ দত্ত্বাগ্নীনন্ত্যকর্ম্মণি।
পুনর্দারক্রিয়াং কুর্য্যাৎ পুনরাধানমেব চ ॥ ১৬৮

---

পূক্নিঙ্, হকচাং-রাহে-খোনফম পূন্নমক্কী মনিঙ্‌ তৌবা কক্তূনা খুহুম চনশিল্লগা মপুরোয়ববু কৈদৌঙৈদসু হুল্লাল্লুবা লৈতনা মপূক শেংনা লৈবী নূপী অহুদি শিরগসু মপুরোয়বগী লৈফম য়োৌবা ঙম্মী অহুগা সাধু ওইবা মীশিংনসু মহাকপু সতীনি হায়না থাগৎলৈ ॥ ১৬৫ ॥

অসুম্না পূক্নিঙ্-হকচাং-রাহৈ পূন্নমক লাকশিনবী, নূপীগী ধর্ম্ম হায়বহু চপ চানা ঙাক্তূনা মপুন্সী লেঙ্‌বী অহুগুম্বী নূপী অহুদি মপোক অসিদসু মক্ত্রবা মিংচৎ ফংই অহুগা শিরগসু মপুরোয়বগী লৈফম য়োৌবা ঙম্মী ॥ ১৬৬ ॥

মতৌ অসুম তৌনা মরমচৎ মতৌ ফজবী বর্ণ তিন্নবী নূপীনা মপুরোয়বগী মাঙ্‌ থাহুনা শিখ্রবদি ধর্ম্ম চেনবা দ্বিজাতি মপুরোয়বনা অগ্নিহোত্র-যজ্ঞগী মৈনা অমসুং যজ্ঞ পাত্রনচিংবনা দাহনচিংবা হৌনবী ( পোৎলোইবা ) তৌবীগদবনি ॥ ১৬৭ ॥

নূপীনা হান্না শিখ্রবদি মতৌ অসুম তৌনা মাবু পোৎলোই-বীবনচিংবা শিবগী হৌনবী থবক পূন্নমক তৌবীবা লোইরগা নিপা অহুনা অমুক হন্না নূপী অমা লুহোঙ্‌হুনা যুন্থানবগী হৌনবী অগ্নি-হোত্রগী থবক অহুম্মক চথগনি ॥ ১৬৮ ॥

অনেন বিধিনা নিত্যং পঞ্চ যজ্ঞান্ ন হাপয়েৎ ।
দ্বিতীয়মায়ুষো ভাগং কৃতদারো গৃহে বসেৎ ॥ ১৬৯

ইতি মানবে ধর্ম্মশাস্ত্রে ভৃগুপ্রোক্তায়াং
সংহিতায়াং পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ ॥ ৫ ॥

হান্না হায়খ্রবা নিয়ম অদুগী মতুংইন্না হুমিং খূদিঙ্গী পঞ্চমহা-যজ্ঞ তৌগনি অমসুং নূপী অমুক থিদুনা য়ুম্বানবগী থবক তৌরগা পুন্সীগী অনীশুবা শরুক অদু লেনগনি ॥ ১৬৯ ॥

মঙাশুবা অধ্যায়গী মৈতৈলোনগী শরুক লোইরে ।

## ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ

এবং গৃহাশ্রমে স্থিত্বা বিধিবৎ স্নাতকো দ্বিজঃ ।
বনে বসেৎ তু নিয়তো যথাবদ্বিজিতেন্দ্রিয়ঃ ॥ ১
গৃহস্থস্তু যদা পশ্যেদ্বলীপলিতমাত্মনঃ ।
অপত্যস্যৈব চাপত্যং তদারণ্যং সমাশ্রয়েৎ ॥ ২
সন্ত্যজ্য গ্রাম্যমাহারং সর্ব্বঞ্চৈব পরিচ্ছদম্ ।
পুত্রেষু ভার্য্যাং নিক্ষিপ্য বনং গচ্ছেৎ সহৈব বা ॥ ৩

স্নাতক দ্বিজনা অসুম তৌনা নিয়ম ঙাক্তূনা য়ুম্বানবগী থবক তৌদুনা লৈরগা ইন্দ্রি পূম্নমক খূদুম চনশিন্দুনা নিয়ম কায়দনা হৌনবী মতুংইন্না বানপ্রস্থধর্ম্ম ( বনদা চত্তূনা পুন্সী লোম্বা ঙাওবা লাইনিঙ্বগী থবক তৌবা ) অমুক চত্থগনি ॥ ১ ॥

য়ুম পানবা মীনা মাগী মশাগী মউন খুইজিল্লকলে, মশম ঙৌথোরকলে ( পোক ), মচানিপানা পোকপা মশুসু লৈরকলে হায়বা উরকপা মতম অদুদদি থীস্থবা তৌদনা বানপ্রস্থধর্ম্ম তান্নব-গীদমক বনদা চৎতুনা লৈরুবা হৌনৈ ॥ ২ ॥

ফৌ-গেহুনচিংবা য়ুম্নক্তা চানরম্বা চীঙাকশিং অমদি ম্মপ, শগোল, ফম্মুং, আসন-নচিংবদগী হৌদুনা ফিজেৎ-লৈতেং পুম্নমক

অগ্নিহোত্রং সমাদায় গৃহ্যঞ্চাগ্নিপরিচ্ছদম্।
গ্রামাদরণ্যং নিঃসৃত্য নিবসেন্নিয়তেন্দ্রিয়ঃ ॥ ৪
মুন্যন্নৈর্বিবিধৈর্মেধ্যৈঃ শাকমূলফলেন বা।
এতানেব মহাযজ্ঞান্ নির্ব্বপেদ্বিধিপূর্ব্বকম্ ॥ ৫
বসীত চর্ম্ম চীরং বা সায়ং স্নায়াৎ প্রগে তথা।
জটাশ্চ বিভৃয়ান্নিত্যং শ্মশ্রুলোমনখানি চ ॥ ৬
যদ্ভক্ষ্যং স্যাৎ ততো দদ্যাদ্বলিং ভিক্ষাঞ্চ শক্তিতঃ।
অম্মূলফলভিক্ষাভিরর্চ্চয়েদাশ্রমাগতান্ ॥ ৭

---

থাদোক্লন্নগা, মশানা বন চৎপদা য়াওজনিঙ্দবী মশাগী নুপীবুদি মচানিপাদা শিন্নদুনা অদুম্মক থনমদুনা নত্রগা মশানা চৎচনিঙ্লগনা মাবুসু পুবীদুনা বনদা চৎখিগনি ॥ ৩ ॥

অগ্নিহোত্রগী মৈ অমসুং মৈগী মপোৎ-মচৈ স্রুব-স্রুক্নচিংবা পুন্নমকসু পুদুনা খুন্দগী থোরক্লগা উমংদা চঙ্দুনা ইন্দ্রি খুদুম চন্না মফম অদুদা লৈরুগনি ॥ ৪ ॥

য়াইস্নু-চরাগুম্বা মুণিশিংনা চানবা অশেংবা চাক্কী জাৎ অদুনা নত্রগা উমংদা ফংবা ঈনশাং নাপী উহৈ-য়াহৈনচিংবনা মফম অদুদা হোৌনবী মতুংইন্না অদুম্মক হান্নগী পঞ্চমহাযজ্ঞ অদু তৌরুগনি ॥ ৫ ॥

অসুন্না উমংদা লৈরবা মতম অসিদদি শজি-মউন নত্রগা উকুনচিংবনা শাবা ফি শেৎকনি, অয়ুক অমসুং নুমিদাংবাইরমদা ঈরুজগনি অদুগা খুজীন-খুয়া ককলরোই, শমসু খাক্তুনা জটা পুল্লগনি, কোইস্নু অদুম্মক থাক্লগনি ॥ ৬ ॥

চানরিবা চীঞ্জাক্লা পঞ্চমহাযজ্ঞগী মন্নুং চনবা বলি ( চবান ) পীবগী থবক অদু তৌগনি, ভিক্ষা লাক্লবদা অঙম্বা পোৎ হাপকনি অমসুং আশ্রমদা চঙ্লকপা অতিথিশিংবু ঈশিং, উহৈ-য়াহৈনচিংবনা পূজা তৌদুনা পেলহনগনি ॥ ৭ ॥

স্বাধ্যায়ে নিত্যযুক্তঃ স্যাদ্দান্তো মৈত্রঃ সমাহিতঃ।
দাতা নিত্যমনাদাতা সর্ব্বভূতানুকম্পকঃ ॥ ৮
বৈতানিকঞ্চ জুহুয়াদগ্নিহোত্রং যথাবিধি।
দর্শমস্কন্দয়ন্ পর্ব্ব পৌর্ণমাসঞ্চ যোগতঃ ॥ ৯
ঋক্ষেষ্ট্যাগ্রয়ণঞ্চৈব চাতুর্ম্মাস্যানি চাহরেৎ।
তুরায়ণঞ্চ ক্রমশো দাক্ষস্যায়ণমেব চ ॥ ১০
বাসন্তশারদৈর্মেধ্যৈর্মুন্যন্নৈঃ স্বয়মাহৃতৈঃ।
পুরোডাশাংশ্চরূংশ্চৈব বিধিবন্নির্ব্বপেৎ পৃথক্ ॥ ১১

---

মতম পুন্নমক্তা বেদ নৈনতুনা লেনগনি, অইঙ্-অশা থাঙ্বা হৈনহনগনি অমদি ইশাবু পুন্নমক্তী থবক্তা কান্নবা ওইহনগনি, পুক্নিঙ্-গী মনিঙ্তম্বা কক্কনি, পীগনবা পূকচেল চেনগনি, মীঙোন্দগীদি থক দান লৌকরোই অতুগা থরায় পানবা পুন্নমক্তা থৌজানবী হৈবা ওইগনি ॥ ৮ ॥

গার্হপত্যকুণ্ড ( ফুঙ্গা মৈ ) আহবনীয় কুণ্ড ( যজ্ঞগী মৈ মথল অমা ) অমসুং দক্ষিণাগ্নি ( ফুঙ্গাদগী লৌথোক্লগা মথারোমদা হোৱা যজ্ঞগী মৈ মথল অমা ) কুণ্ডদা লৈববু "বিতান" কৌই; মতুদা তৌবা অগ্নিহোত্র হোম অদুবু "বৈতানিক অগ্নিহোত্র" হায়না কৌই। বানপ্রস্থদা লৈবা মীনা অসিগুম্বা হৈতানিক হোম অসি হৌনবী কায়দনা তৌগনি অদুগা বেদনা হায়বা থাশি-পূর্ণিমাগী যজ্ঞসু মাগী মাগী মতম থোকপদা থক থাদোকফদে ॥ ৯ ॥

থৱাম্মীচাক পূজা, কুমগী মরোং কারকপদা তৌবা কৌওইবী পূজা, চাতুর্ম্মাস্যযাগ, উত্তরায়ণ যাগ ( কালেন থাগী ), দক্ষিণায়ন ( নিংথম থাগী ) যাগসু হৌনবী কায়দনা পাঙ্থোক্কনি ॥ ১০ ॥

বসন্ত ( য়েন্নৌ থা ), অমসুং শরৎ ( মেরা-হিয়াঙ্গৈ ), থাদা থোকপা রাইস্তু চরানচিংবা মশানা থীজিঙ্গরুরগা মতুনা যজ্ঞগীদমক পুরোডাশ ( তল জাৎ অমা ) শাতুনা অমসুং চরু থোংতুনা শাত্রগী মতুংইন্না তোপ্পা তোপ্পা যজ্ঞ তৌগনি ॥ ১১ ॥

দেবতাভ্যস্ত তদ্ধুত্বা বন্যং মেধ্যতরং হবিঃ।
শোষমাত্মনি যুঞ্জীত লবণঞ্চ স্বয়ং কৃতম্ ॥ ১২
স্থলজৌদকশাকানি পুষ্পমূলফলানি চ।
মেধ্যবৃক্ষোদ্ভবান্যদ্যাৎ স্নেহাংশ্চ ফলসম্ভবান্ ॥ ১৩
বর্জ্জয়েন্মধু মাংসঞ্চ ভৌমানি কবকানি চ।
ভূস্তৃণং শিগ্রুকঞ্চৈব শ্লেষ্মাতক ফলানি চ ॥ ১৪
ত্যজেদাশ্বযুজে মাসি মুন্যন্নং পূর্ব্বসঞ্চিতম্।
জীর্ণানি চৈব বাসাংসি শাক-মূল ফলানি চ ॥ ১৫

---

অহুগুম্বা লমলক্তা ফংবা ৱাইনু চৱানচিংবা পোৎনা শেম্বা হেন্না শেংবা হবি অহুনা লাইদা হোম তৌহুনা কৎথ্রবা মতুংদা লেমহৌরিবা খন্না অহুনা মহাক্না চাগনি, চাননবা থুমসু মরম্নাই শুংজগনি ॥ ১২ ॥

ঈশিং অমদি কংফান্দা ফংবা মনামশীং পূন্নমক, অশেংবা উপালদগী ফংবা মপাল, মরু ( লৈহুংদা তাবা পোৎ ), উহৈ অমসুং উহৈশিং অহুদগী ফংবা থাউনচিংবসু চানগনি ॥ ১৩ ॥

খোইহৌ, শা ঙা, লৈবাক্তগী হোরকপা ছত্রাক (চেঙ্গুম, যম্ফান্নেন অসিনচিংবা ), মালব দেশতা ফাওরিবা ভূতৃণ ( মনম হুংশিবা মীনা চানবা নাপীগী ম্জাৎ অমা ), বাহ্লীকদেশতা ফংবা 'শিগ্রুক' ( শজিনা ) কৌবা ঈনশাংগী পোৎ, অমসুং শ্লেষ্মাতক ( অশিনবা উহৈ জাৎ অমা ) কৌবা উহৈ—মখোয় অসি বানপ্রস্থদা লৈরবা মীনা চাহৈদে ॥ ১৪ ॥

অসুম্না বনদা লৈরবা মীনা ৱাইনু চৱানচিংবা চীঙ্গাক, ফিমন অমদি চানবা মনামশীং, লৈহুংদা পানবা অচা পোৎ, নত্ত্রগা উহৈ—অসিনচিংবা হান্নদগী পৈশিন্দুনা থম্বা পোৎশিং অসি চহি খুদিঙগী লাংবন থাদা হেক হেক থাদোক্লগনি ॥ ১৫ ॥

ন ফালকৃষ্টমশ্নীয়াত্তৎসৃষ্টমপি কেনচিৎ।
ন গ্রামজাতান্যার্ত্তোঽপি মূলানি চ ফলানি চ॥ ১৬
অগ্নিপক্বাশনো বা স্যাৎ কালপক্বভুগেব বা।
অশ্মকুট্টো ভবেদ্বাপি দন্তোলূখলিকোঽপি বা॥ ১৭
সদ্যঃ প্রক্ষালকো বা স্যান্মাস সঞ্চয়িকোঽপি বা।
ষণ্মাসনিচয়ো বা স্যাৎ সমানিচয় এব বা॥ ১৮
নক্তঞ্চান্নং সমশ্নীয়াদ্দিবা বাহৃত্য শক্তিতঃ।
চতুর্থকালিকো বা স্যাৎ স্যাদ্বাপ্যষ্টমকালিকঃ॥ ১৯
চান্দ্রায়ণবিধানৈর্বা শুক্লে কৃষ্ণে চ বর্ত্তয়েৎ।
পক্ষান্তয়োর্বাপ্যশ্নীয়াদ্‌যবাগূং কথিতাং সকৃৎ॥ ২০

লাংগোম্না খোইদোক্লবা লৈপাক্তা থাত্নুা ফংলকপা মহৈ-মরোংদি মীনা লংথোক্লরবা ওইত্নুনসু বনদা লৈরবা মীনা চারুফদে অত্নুগা অবাম-খোবাংবনা য়াম্না রারবা মতম ফাওবদসু খুল্লকী (য়ুম্লকী) উহৈ-রাহৈনচিংবদি থক চাকফদে॥ ১৬॥

লমলক্তা ফংবা অচাপোৎপু মৈদা থোংলগা চাগনি অত্নুগা মথন্তা মুগুরক্লবা উহৈসু চাগনি। শূক-শূম্বন লৈত্রবদি য়াইন্নু চবা-নচিংবত্নু নুংদা তক্‌খাযবগা চাগনি নত্রগা য়ানা শূক-শূম্বনগী মত্নুৎ-শিন্দুনা শায়বগা চাগনি॥ ১৭॥

য়াইন্নু চবানচিংবা চীঞ্জাকপু—নোংমত্তং কোন্ননবা নত্রগা থা অমগী নত্রগা থা ৬ কী নত্রগা চহি অমগী ওক্লনবা থীজিনগনি॥১৮॥

ঙমজবা মতুংইন্না চান-থক্লবা থিরুরগা মত্নু য়াচঙ্‌বদা নত্রগা নুমিৎ লৈরিঙৈ মতমদা (দিবা) চাগনি নত্রগা চতুর্থ কালিক নত্রগা অষ্টম কালিক ভোজন তৌগনি হায়বদি নুমনি চরা হেল্লগা মরিনি শুবগী অহিংদা চাগনি অষ্টম কালিকসু অমুম্না ৭নি হেল্লগা ৮নি শুবদা চাবনি॥ ১৯॥

নত্রগা চান্দ্রায়ণ ওইনা থা পানখৎপা তিথি মশ্নীংগী মতুংইন্না চথোম অমমম হুম্বা অত্নুগা শিথরকপদা চথোম অমমম হেনগৎত্নুা

পুষ্পমূলফলৈর্ব্বাপি কেবলৈর্ব্বর্ত্তয়েৎ সদা।
কালপক্কৈঃ স্বয়ং শীর্ণৈর্বৈখানসমতে স্থিতঃ ॥ ২১
ভূমৌ বিপরিবর্ত্তেত তিষ্ঠেদ্বা প্রপদৈর্দিনম্।
স্থানাসনাভ্যাং বিহরেৎ সবনেষূপয়ন্নপঃ ॥ ২২
গ্রীষ্মে পঞ্চতপাস্তু স্যাদ্বর্ষাস্বভ্রাবকাশিকঃ।
আর্দ্রবাসাস্তু হেমন্তে ক্রমশো বর্দ্ধয়ংস্তপঃ। ২৩
উপস্পৃশংস্ত্রিষবণং পিতৃন্ দেবাংশ্চ তর্পয়েৎ।
তপশ্চরংশ্চোগ্রতরং শোষয়েদ্দেহমাত্মনঃ ॥ ২৪

---

চাগনি নত্রগা থাশি-থানিন থোকপা হুমিৎ হুমিত্তদা চবোন থক্তূনা লেনগনি ॥ ২০ ॥

নত্রগা বানপ্রস্থ ধর্ম্মগী চপচাবী নিয়ম ঙাক্তূনা উহৈ-রাহৈ অমদি মপাল (লফুথরোগুম্বা), লৈহুংগী পোৎ অসিত চাহুনা হিংনবা হোৎনগনি নত্রগা মথন্তা মমুন ফারহুনা উথক্তগী কেল্লক্রবা অহুগুম্বা উহৈ-রাহৈ অহুতনা হিংনগনি ॥ ২১ ॥

লৈপাক্তা থরো থরো ওন্দুনা চৎকনি ( পরিবর্ত্ত ) অমদি খোঙ্‌দোম্না লেপ্তূনা মতম লেনগনি নত্রগা ঙাইহাকস্থু ফিদাদা ফমহুনা, করিগুম্বদস্থু মায় থাংগত্তূনা ( নোংথক্তা অস্তুম য়েংহুনা ) মতম লেনগনি অহুগা অয়ুক্তা, হুমিৎ য়ুংবদা অমস্থুং সন্ধ্যাদা নোংমগী অহুম্রক অহুম্রক ঈরুজ্জগনি ॥ ২২ ॥

কালেন থাদা ইশাগী অকোয়বা মায়কৈ ৪ মক্তা মৈ হোৱগা মৈশা লাংহন্দুনা, মায়না মথক ওনখত্তূনা হুংশাগী মৈশা য়ৈহন্দুনা অস্তুম্না হকচাংদা পঞ্চতাপ (মৈশা ৫) লাংহল্লগা আত্মাবু মৈশা খাঙ্‌-হনগনি, নোংজুথাদনা নোংলক্তা ইচোৎ চোৎনা অহুম্মক লেপ্তুনা লৈগনি অহুগা হেমন্ত ( হিয়াঙ্গৈ পোইন্থ=লিংথেম-থা ) [illegible] অচোৎপা শেত্তূনা লেনগনি—অস্তুম তৌহুনা মথং মথং তপস্যা অহু হেনগৎহনগনি ॥ ২৩ ॥

নোংমদা অহুম্রক ঈরুজ্জরগা ইপা ইপু অমস্থুং অাইগী তুর্প্রণ

অগ্নীনাত্মনি বৈতানান্ সমারোপ্য যথাবিধি।
অনগ্নিরনিকেতঃ স্যান্মুনির্মূল-ফলাশনঃ ॥ ২৫
অপ্রযত্নঃ সুখার্থেষু ব্রহ্মচারী ধরাশয়ঃ।
শরণেষ্বমমশ্চৈব বৃক্ষমূলনিকেতনঃ ॥ ২৬
তাপসেষ্বেব বিপ্রেষু যাত্রিকং ভৈক্ষমাহরেৎ।
গৃহমেধিষু চান্যেষু দ্বিজেষু বনবাসিষু ॥ ২৭
গ্রামাদাহৃত্য বাশ্নীয়াদষ্টৌ গ্রাসান্ বনে বসন্।
প্রতিগৃহ্য পুটেনৈব পাণিনা শকলেন বা ॥ ২৮

---

তৌগনি, অতুগা চন্না হেনবনচিংবা হেন্না হেন্না কনশিল্লকপা তপ তৌতুনা ইশাবু অসুম অসুম ময়েং তাহল্লকনি ॥ ২৪ ॥

বানপ্রস্থগী হৌনবী মতুংইন্না বেদনা হায়বা থবক পুন্নমক (যজ্ঞনচিংবা) আত্মাদা শিন্নথোক্লগা, মৈ য়াওদনা অমদি যুম লিংদনা, রা ওাঙদনা (মৌনব্রত), উহৈ রাহৈত চাতুনা মতম লেনগনি ॥ ২৫ ॥

অহাউবা উহৈ-রাহৈ চাবা, অইঙ-অশা ফংদনবা হোৎনবা অসিনচিংবা হুংঙাইবা পোকহনবা হিবমশিং অসিদা পূক্নিঙ থিং-জিল্লোইদবনি, নুপীগা লৈপুন ওইনরোইদবনি, লৈমায়থক্তা হিপক-দবনি, যুমগী হুংশিবা, থাদোক্নিঙদবা লৈরোইদবনি অতুগা উখোঙ রাখোঙদা লৈগদবনি ॥ ২৬ ॥

উহৈ-রাহৈ ফাওবা ফংনবা উপায় লৈত্রবদি বনদা আশ্রম শেমতুনা লৈরবা ব্রাহ্মণশিংগী মফমদগী থগ্নায়দং হিংনবা য়াবা মওঙদা ভিক্ষা নিরুগনি, অতুগুম্বা ব্রাহ্মণসু লৈত্রগনা বনদা লৈবা দ্বিজশিং অতৈদগী নিতুনা চাগনি ॥ ২৭ ॥

অসিমকসু ফংনবা লম্বী লৈখিদ্রবদি খুল্লক্তা চঙতুনা উনান্না শাবা দোনাগুম্বদা, লৈবাক্তা শাবা চফু মচেৎতা (কম্বী মচেৎকুম্বদা) নত্রগা খুজোক্তনা য়াদুনা ভিক্ষা নিরুরগা বনদা চঙতুনা চখোম ৮দং চাগনি ॥ ২৮ ॥

এতাশ্চান্যাশ্চ সেবেত দীক্ষা বিপ্রো বনে বসন্।
বিবিধাশ্চৌপনিষদীরাত্মসংসিদ্ধয়ে শ্রুতীঃ ॥ ২৯

ঋষিভির্ব্রাহ্মণৈশ্চৈব গৃহস্থৈরেব সেবিতাঃ।
বিদ্যা তপোবিবৃদ্ধ্যর্থং শরীরস্য চ শুদ্ধয়ে ॥ ৩০

অপরাজিতাং বাস্থায় ব্রজেদ্দিশমজিহ্মগঃ।
আ নিপাতাচ্ছরীরস্য যুক্তো বার্য্যনিলাশনঃ ॥ ৩১

আসাং মহর্ষিচর্য্যাণাং ত্যক্ত্বান্যতময়া তনুম্।
বীতশোকভয়ো বিপ্রো ব্রহ্মলোকে মহীয়তে ॥ ৩২

---

বানপ্রস্থ ব্রাহ্মণনা অসি পূন্নমক্তা লোয়নননা বানপ্রস্থ-শাস্ত্রনা হায়বা অতোপ অতোপ্পা নিয়ম অতে পূন্নমকস্তু ঙাক্লা চংকদবনি অমস্তুং তত্ত্বজ্ঞান ( ব্রহ্মজ্ঞান নত্রগা মশাগী মশক খঙ্বা ) ফংনবগী-দমক উপনিষদতা হায়রিবা ব্রহ্মপ্রাতিপাদক ( ব্রহ্ম মশক খঙ্নবা তাকপা ) মথল মথা অয়াম্বা শ্রুতি ( নিগম—শিবগা চংননবা লম্বীগী মরম খঙ্নবা বেদগী শরূক অমা ) অভ্যাস তৌগনি ॥ ২৯ ॥

ব্রহ্ম খঙ্লবা ঋষিশিং, কোয়না চংপা সন্ন্যাসীশিং, অতুদগী হেন্দোক্তুনা য়ুমপাল্লিবশিং মরুস্তু তত্ত্বজ্ঞান ফংননবা অকনবা তপ তৌনৈ অমদি মশা শেংদোক্নবগীদমক্তা উপনিষদ ( বেদান্ত শাস্ত্র ) নচিংবা শ্রুতিবু সেবা তৌনৈ ॥ ৩০ ॥

বানপ্রস্থ ব্রাহ্মণনা অসুম তৌনা লায়কন্নকম খঙ্দনা ( লায়েংবা ঙমদনা ) নাশিল্লকুবদি মশা তোপ হেক তুন্দ্রিবা ফাওবা ঈশিং-নুংশিৎতং চাত্নুনা অকনবা যোগ তৌবগা লোয়নননা ( আত্মা পরমাত্মা তিন্নহন্দুনা ) চীংখৈ পাংবা মায়কৈ তম্না চুমত্রিঙ্ অসুম চংখিগনি। মহাপ্রস্থান ( অরোয়বা খোঙ্চং ) হায়না খঙন্বা অমিগুম্বা মশি অসি শাস্ত্রমক্তা হায়রিবনি—মীশি অসিনা শিবদা দোষ করিসু লৈতে ॥ ৩১ ॥

মহর্ষিশিংনা তৌনবা, মথক্তা হায়রিবা উপায়শিং অমিগী মতক্তা

বনেষু তু বিহৃত্যৈবং তৃতীয়ং ভাগমায়ুষঃ।
চতুর্থমায়ুষো ভাগং ত্যক্ত্বা সঙ্গান্ পরিব্রজেৎ॥ ৩৩
আশ্রমাদাশ্রমং গত্বা হুতহোমো জিতেন্দ্রিয়ঃ।
ভিক্ষাবলিপরিশ্রান্তঃ প্রব্রজন্ প্রেত্য বর্দ্ধতে॥ ৩৪
ঋণানি ত্রীণ্যপাকৃত্য মনো মোক্ষে নিবেশয়েৎ।
অনপাকৃত্য মোক্ষন্তু সেবমানো ব্রজত্যধঃ॥ ৩৫
অধীত্য বিধিবদ্বেদান্ পুত্রাংশ্চোৎপাদ্য ধর্ম্মতঃ।
ইষ্ট্বা চ শক্তিতো যজ্ঞৈর্মনো মোক্ষে নিবেশয়েৎ॥ ৩৬

---

অমনা হকচাং অসি থাদোক্তূনা চৎথ্রবা অরাবা অমদি অকিবন-চিংবা লৈত্রবা ব্রাহ্মণ অদুবু ব্রহ্মলোকতা পূজা তৌনৈ॥ ৩২॥

অতুগা শিদনা লৈবা থোক্লবদি বানপ্রস্থ কৌবা আশ্রম অসিদা পুন্সীগী অহুমশুবা মতাং অত্ত লেল্লগা মরি শুরকপদদি করিগুম্বা অমত্তগা মরী থন্নবা তৌদনা (মরী পূম্নমক ককথত্তূনা) সন্ন্যাস কৌবা আশ্রমদা চঙ্গনি॥ ৩৩॥

ব্রহ্মচর্য্যনচিংবা আশ্রম মথং মথং হোংলক্তূনা হায়বদি ব্রহ্মচর্য্য, গার্হস্থ্য মথংদা বানপ্রস্থ অহুম অসিগী ধর্ম্ম পূম্নমক মথং মথং ঙাক্লক্তূনা অগ্নিহোত্রনচিংবা হোম তৌহুনা পূক্নিঙ্ লাকশিল্লগা, ভিক্ষা হাপ্না, বলি পীবা, বৈশ্বদেবনচিংবা কর্ম্ম তৌবা অসিনচিংবনা হকচাং ময়েং তাশিল্লক্লবদা, সন্ন্যাস আশ্রমদা অমুক চঙ্লবদি শিরগা অরানবা থুবমগী মশক ওইবা অথোইবা স্থুংঙাইবা অহু ফংলুই॥ ৩৪॥

দেব-ঋণ, ঋষি-ঋণ, পিতৃ ঋণ (লাই, ঋষি অমসুং ইপা ইপুগী লম্মন)—লম্মন মথল অহুম অসি শিংদোক্লম্লগা অরানবা থুবম পীনহৈবা সন্ন্যাস আশ্রম অসিদা পূক্নিঙ্ চঙ্শিনগনি। অহুগা লম্মনশিং অসি শিংলমদনা সন্ন্যাস আশ্রমদা চঙ্লবদি নরক তাই॥ ৩৫॥

হৌনবী মতুংইন্না বেদ তম্লগা, লাইগী হুমিৎ পোকপনচিংবা

অনধীত্য দ্বিজো বেদাননুৎপাদ্য তথা সুতান্।
অনিষ্ট্বা চৈব যজ্ঞৈশ্চ মোক্ষমিচ্ছন্ ব্রজত্যধঃ ॥ ৩৭
প্রাজাপত্যাং নিরূপ্যেষ্টিং সর্ব্ববেদসদক্ষিণাম্।
আত্মন্যগ্নীন্ সমারোপ্য ব্রাহ্মণঃ প্রব্রজেদ্গৃহাৎ ॥ ৩৮
যো দত্ত্বা সর্ব্বভূতেভ্যঃ প্রব্রজত্যভয়ং গৃহাৎ।
তস্য তেজোময়া লোকা ভবন্তি ব্রহ্মবাদিনঃ ॥ ৩৯
যস্মাদণ্বপি ভূতানাং দ্বিজান্নোৎপদ্যতে ভয়ম্।
তস্য দেহাদ্বিমুক্তস্য ভয়ং নাস্তি কুতশ্চন ॥ ৪০

---

তৌহৈদবা হুমিৎ থাদোকপনচিংবা ধর্ম্ম ঙাক্তুনা মচানিপা পোক্লগা অমদি জ্যোতিষ্টোম ( হুমিৎ-থা থরাম্মীচারুচিংবা লাৎপা ) নচিংবা যজ্ঞগী থবক পাঙথোক্লগ্বা লোইরগা মমৈদা সন্ন্যাস আশ্রমদা পূক্লিঙ লৈশিনগনি ॥ ৩৬ ॥

দ্বিজশিংনা বেদ তম্বা তৌদনা, মচা পোক্লমদনা অমদি যজ্ঞন-চিংবা করিস্থু তৌরম্বা লৈতনা অরানবা খুবম পামলুবা শাবদি লৈথা তানবগী মশক্লি ॥ ৩৭ ॥

যজুর্ব্বেদদা হায়রিবা ইশাগী লৈজবা থাক্তনা দক্ষিণা ওইনবা অতুগুম্বা প্রজাপতি যাগ হায়বা যজ্ঞ অতু তৌরম্নগা আত্মাদা মৈ হাপচিন্দুনা ( মৈগা আত্মাগা তিন্নহন্দুনা ) ব্রাহ্মণনা বানপ্রস্থদা ধর্ম্ম চৎলমর্ত্রবস্থু য়ুমদগী অতুম্মক থোকখিগনি হায়বদি সন্ন্যাস ওইতুনা কোয়না চৎখিগনি ॥ ৩৮ ॥

অচৎ-চত্ত পূম্নমক্কী ( সর্ব্বভূত ) অকিবা কোকহন্দুনা য়ুমদগী থোকখিত্তুনা সন্ন্যাসী ওইনা কোয়না চৎথ্রবা অতুগুম্বা ব্রহ্মবাদী পুরুষ ( ব্রহ্ম খঙলবা মীশক ) অতুনা মহাক মশাগী অঙানতনা মরম ওইতুনা হুমিৎনচিংবগী মঙাল য়াওব্রবা ইঙান ঙান্নুনতা লৈরবা অতুগুম্বা হিরণ্য গর্ভনচিংবগী লোক অতু ফংলুই ॥ ৩৯ ॥

দ্বিজগী পানবা অমত্তনস্থু মতোন্দগী অকিবা কংদবা অতুগুম্বা

আগারাদ্‌ভিনিষ্ক্রান্তঃ পবিত্রোপচিতো মুনিঃ।
সমুপোঢ়েষু কামেষু নিরপেক্ষঃ পরিব্রজেৎ॥ ৪১
এক এব চরেন্নিত্যং সিদ্ধ্যর্থমসহায়বান্‌।
সিদ্ধিমেকস্য সম্পশ্যন্‌ ন জহাতি ন হীয়তে॥ ৪২
অনগ্নিরনিকেতঃ স্যাদ্‌গ্রামমন্নার্থমাশ্রয়েৎ।
উপেক্ষকোঽসঙ্কসুকো মুনির্ভাব সমাহিতঃ॥ ৪৩
কপালং বৃক্ষমূলানি কুচেলমসহায়তা।
সমতা চৈব সর্ব্বস্মিন্নেতন্মুক্তস্য লক্ষণম্‌॥ ৪৪

---

দ্বিজ অহুনা শিরগা করিগুম্বা অকিবা অমত্তসু মফম অমত্তদগী ফংলুবা লৈতে॥ ৪০॥

অসুম্না য়ুমদগী থোক্লগা শেংলবা দণ্ড কমণ্ডলুনচিংবগা লোয়ননা চত্তূনা, অহুগা কনাগুম্বনা পুশিল্লক্তূনা পীরবা অপাম্বা মিহৌবগী পোৎ-চৈনচিংবদা মিতারুবা লৈতনা ব্রা ঙাঙ্‌দনা তুমিম্না অহুম্মক কোয়না চৎকনি॥ ৪১॥

কনাগুম্বা করিগুম্বা অমত্তগা তিন্নদনা ঙাকপি-শেনবীবা য়াও-দনা মথন্তা লৈরবা অহুগুম্বা মী অহুতনা সিদ্ধি ফংবা ঙম্মী হায়বসি মুন্না খঙ্‌তুনা মশাগী সিদ্ধি ফংনবগীদমক কনাসু য়াওদনা মথন্তা চৎকনি। অসুম্না কনাগসু লোয়নদনা মথন্তা চৎপা মী অহুদি মহাক অহুনা কনাবুসু থাদোকপা লৈতে নত্রগা কনানসু মাবু থাদোক্তে হায়বদি আত্মাগা অহুম্মক মুংঙাইনা লোয়নহুনা লৈমিন্নে॥ ৪২॥

অসুম্না সন্ন্যাস আশ্রমদা চঙ্‌লবা মীনা মীরমলেন্দা তৌরম্বা মৈগী থবক থাদোক্লগনি, য়ুম হায়বা অমা নাইররোই, মশাগী লায়-থুংবুসু কোক্লবা তৌররোই, পুক্লিঙ্‌ চপ লেপকনি ( লৈতাগনি ), ব্রা অমত্তা ঙাঙ্‌দনা ব্রহ্মতদা পুক্লিঙ্‌ হাপ্তূনা উরক্তা লৈগনি; ভিক্ষাগীদমক্তদি থুল্লক য়ুমলক চঙ্‌গনি॥ ৪৩॥

চফু মচেৎনা ভিক্ষা পাত্র ওইবা, উথা-রাখাদা লৈনফম ওইবা,

নাভিনন্দেত মরণং নাভিনন্দেত জীবিতম্।
কালমেব প্রতীক্ষেত নির্দ্দেশং ভৃতকো যথা ॥ ৪৫
দৃষ্টিপূতং ন্যসেৎপাদং বস্ত্রপূতং জলং পিবেৎ।
সত্যপূতাং বদেদ্বাচং মনঃ পূতং সমাচরেৎ ॥ ৪৬
অতিবাদাংস্তিতিক্ষেত নাবমন্যেত কঞ্চন।
ন চেমং দেহমাশ্রিত্য বৈরং কুর্ব্বীত কেনচিৎ ॥ ৪৭
ক্রুধ্যন্তং ন প্রতিক্রুধ্যেদাক্রুষ্টঃ কুশলং বদেৎ।
সপ্তদ্বারাবকীর্ণাঞ্চ ন বাচমনৃতাং বদেৎ ॥ ৪৮

---

অপোবা অমনবা কৌপিননচিংবা শেংপা, ঙাকপি কনবীনবা য়াওদনা অচিকপদা ইথন্তা নায়তোম লৈবা, পুন্নমকপু চপ মান্ননা উবা—অসি পুন্নমক অসিনা অরানবা খুবম তানবা মীগী লক্ষণনি ॥ ৪৪ ॥

হিংননবা নত্রগা শিননবা করিসু তোরোই অতুমদি ওইরগা মীনাইনা মানা তোল্লিবা লম্মন মখাক অতু শেংদোক্লবগীদমক্তা অকক্লবা মতম ঙাইতুনা লৈবগুম মী অতুনা মশাগী কর্ম্মনা ফংজরবা হিংবা অমদি শিবগী মতম অতু অতুম্মক ঙাইতুনা লৈগনি ॥ ৪৫ ॥

শরা-শয়াঙ্ অমদি শম-না-নচিংবা নেংলুদনবগীদমক্তা খোঙ্-থাকম হান্না য়েংলগা কোন্না খোঙ্ থাংগনি, ঈশিংদা লৈবা মহীক-মরাং শিদনবা ফিজুম থাতুনা চুমথোক্লবা ঈশিং থক্কনি, অশেংবনা চুমথোক্তুনা অচুম্বতমক ঙাঙ্গনি অতুগা পূক্নিঙ্ শেংনা লৈননবগী-দমক থবক পুন্নমক অশেংবা পুক্নিঙ্না চুমথোক্কনি ॥ ৪৬ ॥

মীনা চৈবা নত্রগা ইকাইবা রাহৈ হায়রকপদা তুম্নিন্না অস্তুম থাঙ্গনি, কনাবুসু ইকাইবা পীতুনা থক মায়থীহনফদে; কান্নদ্রবা হকচাং অসিগীদমক কনাগসু য়েক্নরুফদে ॥ ৪৭ ॥

মীনা শাউরবসু শাউরোইদবনি, থানা হায়রবসু তাথীরুবগী মহুত্তা মাগী ক্ননবা হায়বিগনি। মিৎ, নাকোঙ্, নাতোন, লৈ, উনশা, পুক্নিঙ্ অমসুং সোশিং—মখম তরেৎ অসিমক রাহৈগী

**অধ্যাত্মরতিরাসীনো নিরপেক্ষো নিরামিষঃ।**
**আত্মনৈব সহায়েন সুখার্থী বিচরেদিহ॥ ৪৯**
**ন চোৎপাতনিমিত্তাভ্যাং ন নক্ষত্রাঙ্গবিদ্যয়া।**
**নানুশাসনবাদাভ্যাং ভিক্ষাং লিপ্সেত কর্হিচিৎ॥ ৫০**
**ন তাপসৈর্ব্রাহ্মণৈর্বা বয়োভিরপি বা শ্বভিঃ।**
**আকীর্ণং ভিক্ষুকৈর্বান্যৈরাগারমুপসংব্রজেৎ॥ ৫১**
**কৢপ্তকেশনখশ্মশ্রুঃ পাত্রী দণ্ডী কুসুম্ভবান্।**
**বিচরেন্নিয়তো নিত্যং সর্ব্বভূতান্যপীড়য়ন্॥ ৫২**

---

চঙ্লকৃফম-থোঙ্মক্তনি; মরম অসিনা তরেৎ অসিবু বেদান্ত-দর্শণনা "থোঙ্তরেৎ" হায়না কৌরম্মী। অসিগুম্বা থোঙ্শিং অসিগা মরী লৈনরিবা রাহৈ-খোনফমশিং অত্থুদি মীনম্বা থক ওই-রোইদবনি—মতম পূম্নমক্তা প্রণব, উপনিষদনচিংবা ব্রহ্ম মশক খঙ্হনবদা লমজিংবা অচুম্বা রাহৈ অত্থুতা হায়দোক্কদবনি॥ ৪৮॥

অরানবা-থুবম পাম্বা মীনা মতম পূম্নমক্তা আসনদা ফম্নগা ব্রহ্মবু ধ্যান তৌহুনতা লৈগনি, পোৎ পূম্নমক্কী অপাম্বা থাদোক্কনি, বিষয় পূম্নমক্তা মরী লৈনবা থদৎকনি, মশানা মশাতগী মতেং পাংজ-হুনা মীরমলেন অসিদা অস্থুম কোয়না চৎকনি॥ ৪৯॥

য়ুহারাবনচিংবা লৈবাক্কী উৎপাত নত্রগা মিৎ-না চোংবনচিংবা—অসিগী ফল হায়ত্বনা নত্রগা থরাম্মীচাক (নক্ষত্র) অমদি থুবাক ময়িনচিংবা য়েংতুনা মীগী অফ-ফত্ত হায়বিবা নত্রগা শাস্ত্রগী রায়েন বিচারনচিংবা উত্তূনা থক মীঙোম্দগী ভিক্ষা নিগে থম্লোই-দবনি॥ ৫০॥

করিগুম্বা য়ুম অমদা বানপ্রস্থাশ্রমগী মী, অতোপ্পা ব্রাহ্মণশিং, চীপ্পাক ওইনা চানবা উচেক নত্রগা হূই অমদি অতোপ্পা ভিক্ষা নিবা মী হাম্না লৈরম্নবদি অত্থুগুম্বা য়ুম অত্থুদা সন্ন্যাসীনা ভিক্ষাগীদমক থক চঙ্লুরোইদবনি॥ ৫১॥

সন্ন্যাসী ওইবা মীওইশিংনা মশম, থূজীন মকোইনচিংবা

অতৈজসানি পাত্রাণি তস্য স্যুর্নির্ব্রণানি চ।
তেষামদ্ভিঃ স্মৃতং শৌচং চমসানামিবাধ্বরে ॥ ৫৩
অলাবুং দারুপাত্রঞ্চ মৃন্ময়ং বৈদলং তথা।
এতানি যতিপাত্রাণি মনুঃ স্বায়ম্ভুবোঽব্রবীৎ ॥ ৫৪
এককালং চরেদ্ভৈক্ষং ন প্রসজ্জেত বিস্তরে।
ভৈক্ষে প্রসক্তো হি যতির্বিষয়েষ্বপি সজ্জতে ॥ ৫৫
বিধূমে সন্নমুষলে ব্যঙ্গারে ভুক্তবজ্জনে।
বৃত্তে শরাবসম্পাতে ভিক্ষাং নিত্যং যতিশ্চরেৎ ॥ ৫৬

---

অহুম্মক থাক্তূনা অমদি দণ্ড, কমণ্ডলু অমসুং ভিক্ষা-পাত্র পায়রুনা ঈশ্বরগী রাখন্দা পূক্লিঙ্ চপ য়ুংনা থমহুনা, করিগুম্বা থরায় পানবা অমত্তুগীসু মাঙ নবা থক তৌদনা অসুম্না নিতিগী চৎকদবনি ॥ ৫২ ॥

সন্ন্যাসীনা প্যায়বা ভিক্ষা পাত্রদি সনা লুপানচিংবা ধাতু অমত্তা পক্কপা য়াদে অহুগা মখুল-মরাংনচিংবসু লৈহেদে। যজ্ঞ খুদেংগুম্না হায়রিবা পাত্রশিং অসিসু ঈশিংতনা শেংদোক্লগা লোইরে ॥ ৫৩ ॥

স্বায়ম্ভুব-মনুনা হায়রম্মী মহুদি—লম্বোইবশিংগী পাত্রদি খোংক্রমগী তুম্বা, উনা শাবা, লৈপাক্লা শাবা নত্রগা হানা শাবা (উতোং) অসিগুম্বা অসিতনা ওইগদবনি ॥ ৫৪ ॥

লম্বোইবনা মশা হিংজনবগীদমক অমুক্তগী হেন্না ভিক্ষা নিবা য়াদে, ভিক্ষাতদা অসুম হৈনখ্রবদি বিষয়াগী হুভাইনিঙ্বা পোকলকই ॥ ৫৫ ॥

য়ুম খুদিঙ্দা চাক-ঈশিং থোংবগী মৈখু মুৎখ্রবদা, শুক্ত অমদি শুম্বন মখোল লেপখ্রবদা, চাকথুম লৈরঙ্দা মৈ মুৎলবদা, য়ুম অতুন্নী মী পুম্নমক্লা চাবা-থকপা লোইনখ্রবদা অমসুং লুখাক ওইরবা কোল্লীক পুম্নমক ফেঙ্দোক-চামথোকপা লোইনরবা মতমদা হায়বদি হুমিদাং রাইরয়ড়দা সন্ন্যাসীশিংনা ভিক্ষা নিবা চৎকনি ॥ ৫৬ ॥

অলাভে ন বিষাদী স্যাল্লাভে চৈব ন হর্ষয়েৎ।
প্রাণযাত্রিকমাত্রঃ স্যান্মাত্রাসঙ্গাদ্বিনির্গতঃ ॥ ৫৭
অভিপূজিত লাভাংস্তু জুগুপ্সেতৈব সর্ব্বশঃ।
অভিপূজিতলাভৈশ্চ যতির্মুক্তোঽপি বধ্যতে ॥ ৫৮
অল্পান্নাভ্যবহারেণ রহঃস্থানাসনেন চ।
হ্রিয়মাণানি বিষয়ৈরিন্দ্রিয়াণি নিবর্ত্তয়েৎ ॥ ৫৯
ইন্দ্রিয়াণাং নিরোধেন রাগদ্বেষক্ষয়েণ চ।
অহিংসয়া চ ভূতানামমৃতত্বায় কল্পতে ॥ ৬০
অবেক্ষেত গতীর্নৃণাং কর্ম্মদোষসমুদ্ভবাঃ।
নিরয়ে চৈব পতনং যাতনাশ্চ যমক্ষয়ে ॥ ৬১

---

ভিক্ষা ফংদবদা মুংঙাইতবা তৌরোই, ফংলগসু হরাউরোই ; হিংনবা ফাওবদং চাগনি। শীজিন্নবা য়াবা পোৎতা থক মিতা-ফরোই ॥ ৫৭ ॥

সন্ন্যাসী অমনি হায়তুনা কনাগুম্বনা লুনা তৌহুনা ভিক্ষা হাপ্ল-বদি ভিক্ষা অদু লৌরোইদবনি মবমদি পূম্নমক্কগী লাম্থোরক্লবা অসি ফাওবদসু মাবু লুনা চান্না তৌবহ্ অসুম অসুম থেংনরক্লগা সংসারগী অফা-অপুন অদু অমুক নংলকপসু য়াই ॥ ৫৮ ॥

সন্ন্যাসীশিংনা চাক খজীক্ত চাহুনা অমসুং অচৌকপা মফমতদা লৈহুনা বিষযাদা লুপকল্লবা ইন্দ্রিমখৈ অসিবু বিষয় পামহন্দনবা হোৎনগনি ॥ ৫৯ ॥

ইন্দ্রি থূহুম চনবা, অশাউবা কল্লকপনচিংবা মাঙ্হন্নবা হোৎনবা অমদি জীব পানবা অমত্তগীসু মাঙ্নবা তৌদবা অসিগুম্বা মতৌনা মী ওইবনা অয়ানবা থুবম ফংনবগী মতিকচাবা মীশক (পাত্র) অমা ওইরকই ॥ ৬০ ॥

ঐগী ঐগী কর্ম্মগী ফলনা শিরগা চৎনবা লম্বীসু তোঙান তোঙাল্লি, নরকতা তাগনি অমসুং যম-লৈবাক্তা অৱা-অনা শোয়দনা ফংখ্রগনি হায়বসি মতম পুম্নমক্তা খনগদবনি ॥ ৬১ ॥

বিপ্রয়োগং প্রিয়ৈশ্চৈব সংযোগঞ্চ তথাপ্রিয়ৈঃ।
জরয়া চাভিভবনং ব্যাধিভিশ্চোপপীড়নম্ ॥ ৬২
দেহাদুৎক্রমণঞ্চাস্মাৎ পুনর্গর্ভে চ সম্ভবম্।
যোনিকোটিসহস্রেষু সৃতীশ্চাস্যান্তরাত্মনঃ ॥ ৬৩
অধর্ম্ম প্রভবঞ্চৈব দুঃখযোগং শরীরিণাম্।
ধর্ম্মার্থপ্রভবঞ্চৈব সুখসংযোগমক্ষয়ম্ ॥ ৬৪
সূক্ষ্মতাঞ্চান্ববেক্ষেত যোগেন পরমাত্মনঃ।
দেহেষু চ সমুৎপত্তিমুত্তমেষ্বধমেষু চ ॥ ৬৫

---

নুংশিবা মীগা কাযনবা, নুংশিদবা মীগা তিন্নরবা, অহল ওইশিল্লকপগী হিকথবকপা মতৌ, লাযথুং পান্দুনা মতুগী চৈনাখোন ফংবগী অরাবা—অসি পুন্নমকসু মীওইবনা মাগী কর্ম্ম দোষনা ফংজ্‌রবনি হায়বসি নিঙ্‌শিংগদবনি ॥ ৬২ ॥

জীবাত্মানা ( থরায ) হকচাং অসি থাদোক্লন্নগা অমুক হন্না গর্ভ অমদা চঙ্‌লুনা মপোক অমা ওল্লকপা অমদি তুই, লমতুইনচিংবা অতোনবা জীব কোটি কোটি ওইনা অমুক পোক অমুক শি তৌতুনা হন্দোক-হঙ্গিন তৌতুনতা লৈবা—অসিগুম্বা অবাবা পুন্নমক অসি মীওইবা মপোক্তা লঙ্‌শিঙ্গবা দোষ ( পাপ ) তনা থোক্লিবনি হাযবসি মপুং ফানা খনগদবনি ॥ ৬৩ ॥

থরায পানবনা ফংলিবা অরাবা পুন্নমক অধর্ম্ম (চুমদবা থবক) দগী থোকপনি অতুগা অমাঙ্‌-অতা লৈতবা নুংঙাইবা পুন্নমক ফংবনা তৌজবা ধর্ম্মগী মথা পোন্না লাকচবনি হায়বসি লেপ্পনমক খঙ্‌গদবনি ॥ ৬৪ ॥

বিষয়দা লুপ্পম্বা পূক্নিঙ্‌বু থিংতুনা থম্লগা যোগ-সাধন তৌদুনা পরমাত্মা ভগবানগী কৃপলেন কুপ্পা মতৌ হায়রবদি পোৎ পুন্নমকী মহুংদা মশক উদনা (উদবমথৈ কুপ্পা) শীন্দুনা লৈবনা জগৎ পুন্নমকপু য়োকপি-পুবীরিবা অহুগুম্বা মশক অদুবু কাউদনা অসুম খনগনি।

দূষিতোঽপি চরেদ্ধর্ম্মং যত্র তত্রাশ্রমেরতঃ।
সমঃ সর্ব্বেষু ভূতেষু ন লিঙ্গং ধর্ম্মকারণম্॥ ৬৬
ফলং কতকবৃক্ষস্য যদ্যপ্যম্বুপ্রসাদকম্।
ন নামগ্রহণাদেব তস্য বারি প্রসীদতি॥ ৬৭
সংরক্ষণার্থং জন্তূনাং রাত্রাবহনি বা সদা।
শরীরস্যাত্যয়ে চৈব সমীক্ষ্য বসুধাং চরেৎ॥ ৬৮
অহ্না রাত্র্যা চ যান্ জন্তূন্ হিনস্ত্যজ্ঞানতো যতিঃ।
তেষাং স্নাত্বা বিশুদ্ধ্যর্থং প্রাণায়ামান্ ষড়াচরেৎ॥ ৬৯

অফবা-ফত্তবা—হকচাং খুদিঙ্মক্তা মানা থুংনা লৈরিবনি হায়বসিসু খম্নগদবনি॥ ৬৫॥

করিগুম্বা আশ্রম অমদা লৈবা মীনা মানা লৈরিবা আশ্রম অদুগী ধর্ম্ম থুগায়দুনা হায়বদি আশ্রমগী হৌনবী কৌপীন (শেৎননবা ফি মতং), দণ্ড (চৈশু) নচিংবা থাদোক্লবসু থরায় পানবা পুম্নমক্তা মান্নবা মিৎয়েংনা য়েংলবদি মাগী ধর্ম্ম কায়দবা অদুম্মক ওই। বর্ণাশ্রমগী হৌনবী খুদমশিং অদু কায়দবতনা ধর্ম্ম হায়বদু ওইবা নত্তে, ধর্ম্মনা য়াবা থবক্তনা ধর্ম্মনি, অথোইবসু মদুনি, অদুগা মদুনি হায়দুনসু আশ্রমগী হৌনবী খুদম্নচিংববু হেক্তমক থাদোক্লগনি হায়বদি নত্তে॥ ৬৬॥

করি করিগুম্বা উহৈনা ঈশিংদা থাদরগা ঈশিংবু শেংদোকপা উম্বগী মগুণ চেল্লি, অদুগা উহৈ খুদিঙ্মক্না মদুম তৌবদি নত্তে—অদুগুমদুনা শাস্ত্রগী হৌনবী কর্ম্ম তৌরগা ধর্ম্ম ওইবা অদু বর্ণাশ্রমনচিংবগী ফিজেৎ অদুতং শেৎপনদি হেক ওইবা নত্তে॥ ৬৭॥

মশাগী ৱাননবা মরম ওইরবদসু ককচেংনচিংবা অপীকপা জীবশিংবু অরেম্বদা মাঙ্হনখিবা থোক্তনবা অহিং নুংথিল থাক্তনা চৎপদা লৈমায় য়েংগদবনি॥ ৬৮॥

অদুমকপু সন্ন্যাসীশিংনা অহিং নুংথিল অনিমক্তা খণ্ডদবদগী করিগুম্বা থরায় পানববু মাঙ্হনখিবা য়াওবদুগী পাপ কোক্লবগী-

প্রাণায়ামা ব্রাহ্মণস্য ত্রয়োঽপি বিধিবৎ কৃতাঃ।
ব্যাহৃতিপ্রণবৈর্যুক্তা বিজ্ঞেয়ং পরমং তপঃ॥ ৭০
দহ্যন্তে ধ্মায়মানানাং ধাতূনাং হি যথামলাঃ।
তথেন্দ্রিয়াণাং দহ্যন্তে দোষাঃ প্রাণস্য নিগ্রহাৎ॥ ৭১
প্রাণায়ামৈর্দহেদ্দোষান্ ধারণাভিশ্চ কিল্বিষম্।
প্রত্যাহারেণ সংসর্গান্ ধ্যানেনানীশ্বরান্ গুণান্॥ ৭২
উচ্চাবচেষু ভূতেষু দুর্জ্ঞেয়ামকৃতাত্মভিঃ।
ধ্যানযোগেন সম্পশ্যেদ্গতিমস্যান্তরাত্মনঃ॥ ৭৩

---

দমক্তি ঈরুজথোক্লগা প্রাণায়াম ৬ লক হন্না তৌগনি॥ ( প্রাণায়াম =থরায়বু থিংদুনা থম্লনবা তৌবা যোগ মথল অমা=স্বর শান্নবা )॥ ৬৯॥

সপ্তব্যাহৃতি অমসুং প্রণব তরা য়াওনা পূরক-কুম্ভক-রেচক-কী হৌনবী মতুংইন্না প্রাণায়াম অহুম্নক হন্না তৌরবদি মতুনা ব্রাহ্মণ-শিংগীদি অথোইবা তপস্যানি॥ ৭০॥

সনানচিংবা ধাতুনা মথোয় মথোয়গী শুংফম পাত্রদা হাপ্লগা মৈ ঈরুবদি পরুস্বা মথী পুম্নমক কোকথিবগুম্না প্রাণায়াম তৌদুনা থন্নায় পুবা হুংশিংপু থিংদুনা থম্নবদি ইন্দ্রি পুম্নমক্তা লৈরম্বা দোষ পুম্নমক অহু লোইনা চাকথেকথি॥ ৭১॥

প্রাণায়াম অসিগী মতেংনা অশাউবা য়েংথীবনচিংবা দোষ পুম্নমক চাকথেকহনগনি; অচীকপদা ফম্নগা পুক্নিঙ্ অসি অনি লোঙ্দনা পরব্রহ্মদা হাপ্তুনা পাপ পুম্নমক কোকহনগনি; ইন্দ্রি-শিংবু মাগী মাগী বিষয়শিংনা চিংথিগদবদগী থিংদুনা বিষয়াদা লুপ্পগী পাপতগী থাপ্না লৈনবা হোৎনগনি অদূগা পরব্রহ্মবু ধ্যান তৌবতনা নাস্তিক ওইবা মীতদা চেনগদবা গুণগী অশাউবা, অপাপ্না অমদি মীবু নিন্দা তৌবনচিংবা য়েরুবা পুম্নমক অসিবু থিংনবা হোৎ-নগনি॥ ৭২॥

জীবনা করি মরমদগীদমক লাই—অমদি শা-নচিংবা অরুবা

সম্যগ্‌ দর্শনসম্পন্নঃ কর্ম্মভির্ন নিবধ্যতে।
দর্শনেন বিহীনস্তু সংসারং প্রতিপদ্যতে ॥ ৭৪
অহিংসয়েন্দ্রিয়াসঙ্গৈর্বৈদিকৈশ্চৈব কর্ম্মভিঃ।
তপসশ্চরণৈশ্চোগ্রৈঃ সাধয়ন্তীহ তৎপদম্‌ ॥ ৭৫
অস্থিস্থূণং স্নায়ুযুতং মাংসশোণিত লেপনম্‌।
চর্ম্মাবনদ্ধং দুর্গন্ধি পূর্ণং মূত্রপুরীষয়োঃ ॥ ৭৬
জরাশোকসমাবিষ্টং রোগায়তনমাতুরম্‌।
রজস্বলমনিত্যঞ্চ ভূতাবাসমিমং ত্যজেৎ ॥ ৭৭

---

ফত্তবা মপোক্তা পোক্করিবনো হায়বহু আত্মজ্ঞান ( ব্রহ্ম খঙ্‌বা নত্রগা মশানা মশাগী মশক খঙ্‌বা ) লৈতবা মীনদি খক খঙ্‌বা ঙমদে ; মহু ধ্যান-যোগ তৌবতনদি খঙ্‌বা ঙম্মী। মরম অহুনা ব্রহ্মজ্ঞান ফংনবা হোৎনগদবনি ॥ ৭৩ ॥

অসিগুম্বা ধ্যান-যোগ অসিনা ব্রহ্মমক হকথেংনরবা মী অহুদি পাপ পুণ্যগী কর্ম্ম মপৈনা মহাকপু সংসারগী ফা ন-লাংদা অমুক থুহল্লবা ঙমদ্রে হায়বদি আত্মজ্ঞান লৈতবা মীতনা সংসার অসিদা হন্না হন্না লাকপনি ॥ ৭৪ ॥

জীব হিংসা তৌদবনা ইন্দ্রিশিংবু বিষয় পাম্বদগী থিংহুনা থম্বা, বেদনা হায়বা হুমিৎ খুদিঙ্‌গী তৌফম থোকপা ইথৌশিং তৌবনা অমদি চান্দ্রায়ণনচিংবা অকনবা তপ তৌবনা থরায় পানবনা মপোক অসিদা ব্রহ্মপদ ফংবা ঙম্মী ॥ ৭৫ ॥

মওঙ্‌-মতৌনচিংবা হায়খ্রিবা হকচাং অসিদি শরুনা পোলাং ওইনা খনবা, শিংলৌগী মশক ওইবা থৌরীনা লাকশিনবা, ঈ-তোংতনা কোয়না শীনবা, উনশানা য়োম্বা, থী-য়ুংনচিংবনা থল্লা লৈবনা নমথী-হঙাইতগী মশক ওইবা অহুগুম্বা মশকনি ॥ ৭৬ ॥

অরা-অনানা লাকহৎপা, অয়াম্বা লায়থুংগী তুংক্ষম ওইবা, অরাম-থৌরাংবনা রাহনবা, অয়াম্বা মতমদা রজোগুণতমক চেনবা, মাঙ রা-নাইবা অমদি লৈপারুচিংবা পঞ্চভূতকী লৈঙ্কমগী মশক

নদীকূলং যথা বৃক্ষো বৃক্ষং বা শকুনির্যথা।
তথা ত্যজন্নিমং দেহং কৃচ্ছ্রাদ্গ্রাহাদ্বিমুচ্যতে ॥ ৭৮
প্রিয়েষু স্বেষু সুকৃতমপ্রিয়েষু চ দুষ্কৃতম্।
বিসৃজ্য ধ্যানযোগেন ব্রহ্মাভ্যেতি সনাতনম্ ॥ ৭৯
যদা ভাবেন ভবতি সর্ব্বভাবেষু নিস্পৃহঃ।
তদা সুখমবাপ্নোতি প্রেত্য চেহ চ শাশ্বতম্ ॥ ৮০

---

ওইবা—অসিগুম্বা হকচাংগী মশক ওইরবা য়ুম অসিগী মুংশিবা অতু থাদোক্কদবনি। অসিগুম্বা হকচাংগী মশক ওইরবা কৈশুম-শঙু অসিদা অমুক হন্না চঙ্লক্তনবা হোৎনগদবনি ॥ ৭৭ ॥

উপাম্বীনা তোর্ব্বানগী মশক ওইরবা লৈফম থাদোকপগুম অমদি উচেকনা মাগী কায়দোং-উপাল থাদোক্লম্বগুম জ্ঞান লৈবশিংনা হান্নগী মপোক্তা তানশিল্লকপা কর্ম্ম অতু ময়েং তাহন্নবা হায়বদি চঙ্না চঙনা হকচাংগী মশক ওইবা কায়দোংফম অসি থাদোক্তুনা সংসারগী অফা-অপুন্দগী লাম্থোক্নবা হোৎনৈ ॥ ৭৮ ॥

মী অসিনা ঐবু পেন্নবা তৌরিবসি ঐগী অফবা থবক অতুনা তৌবনি, অতুগা অমনা ঐনা য়াদবতা তৌরিবসিসু ঐগী ফত্তবা থবক্না তৌরিবনি; তশেংবমক মীনা ফংলিবা অরা-মুংঙাই পুম্নমক অসিগী মরমদি মানা মানা তৌবা অফবা ফত্তবা থবকশিং অতুতনা থোকহল্লকপনি, অতোপ্পা কনানসু মতু থোকহনবা নত্তে। মরম অতুনা য়েক্নবা চান্নবা ন্নাইবগী মরম্না ফংলকপা অফবা ফত্তবনচিংবা পুক্নিঙ লাঙ্হন্নবা ওইবা মরমশিং অসি থাদোক্তুনা অচৎ-চত্ত পুম্নমক্তা চপ মান্নবা থন্দুনা মত্তদগী ফংলকপা তত্ত্বজ্ঞান অতুনা মীওইবনা অমাঙ-অতা লৈত্রবা ব্রহ্মবু লেপ্পমক ফংহল্লি ॥ ৭৯ ॥

মীরমলেনগী বিষয় পুম্নমক ককথৎলবা পুক্নিঙ অতুদি মপোক অলিদা অপেনবতনা শক্লক ওইরবনা মুংঙাইবা ফংই শিরগস্ল অমাঙ বা লৈত্রবা অম্লানবা থুবম হায়রবতু ফংই ॥ ৮০ ॥

অনেন বিধিনা সর্ব্বাংস্ত্যক্ত্বা সঙ্গান্ শনৈঃ শনৈঃ।
সর্ব্বদ্বন্দ্ববিনির্ম্মুক্তো ব্রহ্মণ্যেবাবতিষ্ঠতে॥ ৮১॥
ধ্যানিকং সর্ব্বমেবৈতদ্‌যদেতদভিশব্দিতম্।
ন হ্যনধ্যাত্মবিৎ কশ্চিৎ ক্রিয়াফলমুপাশ্নুতে॥ ৮২
অধিযজ্ঞং ব্রহ্ম জপেদাধিদৈবিকমেব চ।
আধ্যাত্মিকঞ্চ সততং বেদান্তাভিহিতঞ্চ যৎ॥ ৮৩
ইদং শরণমজ্ঞানামিদমেব বিজানতাম্।
ইদমন্বিচ্ছতাং স্বর্গমিদমানন্ত্যমিচ্ছতাম্॥ ৮৪
অনেন ক্রমযোগেণ পরিব্রজতি যো দ্বিজঃ।
স বিধূয়েহ পাপ্মানং পরং ব্রহ্মাধিগচ্ছতি॥ ৮৫

অস্মুম তৌহুনা সাত্ত্বিক ভাবনা তিল্লবা মী অহুদি মথং মথং মতু-মচানচিংবদা লৈবা অপাম-মুংশিনচিংবা অহু অস্মুম অস্মুম থাদোবক্তুনা অচোপ্পা অবেম্বা অরাবা মুংঙাইবা অসিনচিংবা পুন্নমক্কী পল লাম্থোরক্তুনা জ্ঞান কর্ম্মতগী মতেংনা প্রকৃতি-পুরুষকী অপুনবা শক্তম ওইবা পরব্রহ্মদা তুংজবা ফংই॥ ৮১॥

মচা-মশূনচিংবগী মুংশিবা থাদোকপা, অচোপ্পা অরেম্বা পুন্নমক করিস্সু থৌশাদবা ভন্বা হায়বনচিংবা কর্ম্ম ফলগী মরম খরা মথক মথক্তা হায়খ্রিবা পুন্নমক অহু ধ্যান তৌবা মীনদি হেক্তমক ফংবা ভন্মী অহুগা ধ্যান জ্ঞান অমত্তসু য়াওদবা মী অহুদি করিগুম্বা থবক অমত্তগীসু মহৈ ফংবা ভমদে॥ ৮২॥

যজ্ঞগা মরী লৈনবা বেদ মন্ত্র, লাইগা মরী লৈনবা বেদ মন্ত্র অহুগা পরমাত্মা ভগবানগী মবীদা তাকপা বেদ মন্ত্র অমদি উপনিষদনচিংবদা ব্রহ্ম ফংননবা তাকলিবা শ্রুতি পুন্নমক অহু মতম পুন্নমক্তা জপ তৌহুনা লৈগদবনি॥ ৮৩॥

অপঙ্‌বা-অশিংবা, স্বর্গ কানিঙ্‌বা নত্রগা অরানবা খুবম ফংনিঙ্‌বা মথোয় পুন্নমক্কী পাম্বৈদি বেদতনি॥ ৮৪॥

কনাগুম্বা দ্বিজাতি সন্ন্যাসীনা অসিগুম্বা নিয়মশিং অসি ঙাক্না

এষ ধর্ম্মোঽনুশিষ্টো বো যতীনাং নিয়তাত্মনাম্।
বেদ-সন্ন্যাসিকানান্তু কর্ম্মযোগং নিবোধত ॥ ৮৬
ব্রহ্মচারী গৃহস্থশ্চ বানপ্রস্থো যতিস্তথা।
এতে গৃহস্থপ্রভবাশ্চত্বারঃ পৃথগাশ্রমাঃ ॥ ৮৭
সর্ব্বেঽপি ক্রমশস্ত্বেতে যথাশাস্ত্রং নিষেবিতাঃ।
যথোক্তকারিণং বিপ্রং নয়ন্তি পরমাং গতিম্ ॥ ৮৮
সর্ব্বেষামপি চৈতেষাং বেদস্মৃতিবিধানতঃ।
গৃহস্থ উচ্যতে শ্রেষ্ঠঃ স ত্রীনেতান্ বিভর্ত্তি হি ॥ ৮৯

---

চৎলবদি মপোক অসিগী পাপ পূন্নমক কোকথিত্থনা পরব্রহ্মদা তিঙ্গবা ভস্মী ॥ ৮৫ ॥

অসুম তৌনা আত্মা খূত্থম চনবা সন্ন্যাসীশিংগী চাউবাকপা মথৌগী মরম ঐনা নখোয়দা হাযববসিনি, হুজীক বেদনা তৌ হায়বা কর্ম্ম-কাণ্ডমখৈবু থাদোক্লবা 'কুটিচব" হায়না কৌবা সন্ন্যাসীশিংগী কর্ম্মযোগ অমুক হাযগে তাও ॥ ৮৬ ॥

ব্রহ্মচাবী, গৃহস্থ ( য়ুম্ন্নানবা ), বানপ্রস্থ ( বনদা চঙ্‌ত্থনা লাই নিঙ্‌থ্রবা ) অমদি যতি ( লম্বোইবা )—হাযবা তোঙান তোঙানবা আশ্রম মবি অসিমক গৃহস্থ আশ্রমদগী থোকপা মক্তনি ॥ ৮৭ ॥

ব্রহ্মচর্য্য, গার্হস্থ্য, বানপ্রস্থ অমসুং সন্ন্যাস—আশ্রম মরি অসিবু মথং মনাউ নাইনা শাস্ত্রনা হায়বা মতুংইন্না চৎথবা ভগ্নবদি মহু পাঙ্‌থোক্লিব ব্রাহ্মণ অহুনা খ্বায়দগী হেনবা লম্বী চৎলি ॥৮৮॥

অসিগুম্বা ব্রহ্মচর্য্যনচিংবা আশ্রম মরি অসিগী মতুংদা বেদ অমসুং স্মৃতিনা হায়বা মতুংইন্না চৎপা গৃহস্থ আশ্রমদা য়ুম্ন্নান্দুনা লৈবা মী অদুবু মন্নুনচিংবা ঋষিশিংনা অথোইবনি হায়না লৌখৎলি, মরমদি—য়ুমলিংবা মীনা অতৈ আশ্রম অহুমগী মীবু ভিক্ষানচিংবা পীদুনা য়োকপিবনী থবক তৌই ॥ ৮৯ ॥

যথা নদীনদাঃ সর্ব্বে সাগরে যান্তি সংস্থিতিম্ ।
তথৈবাশ্রমিণঃ সর্ব্বে গৃহস্থে যান্তি সংস্থিতিম্ ॥ ৯০
চতুর্ভিরপি চৈবৈতৈর্নিত্যমাশ্রমিভির্দ্বিজৈঃ ।
দশলক্ষণকো ধর্ম্মঃ সেবিতব্যঃ প্রযত্নতঃ ॥ ৯১
ধৃতিঃ ক্ষমা দমোঽস্তেয়ং শৌচমিন্দ্রিয়নিগ্রহঃ ।
ধীর্বিদ্যা সত্যমক্রোধো দশকং ধর্ম্মলক্ষণম্ ॥ ৯২
দশ লক্ষণানি ধর্ম্মস্য যে বিপ্রাঃ সমধীয়তে ।
অধীত্য চানুবর্ত্তন্তে তে যান্তি পরমাং গতিম্ ॥ ৯৩
দশলক্ষণকং ধর্ম্মমনুতিষ্ঠন্ সমাহিতঃ ।
বেদান্তং বিধিবচ্ছ্রুত্বা সন্ন্যসেদনৃণো দ্বিজঃ ॥ ৯৪

---

তূ-খোং পূন্নমক্না সমুদ্রদা চত্তুনা লৈকুবগুম অতোপ অতোপ্পা আশ্রমগী মীওইশিংনস্তু যূমলিংবা মীগী মতেংতনা লৈবা ঙমনৈ ॥৯০॥

ব্রহ্মচারীনচিংবা আশ্রম মরিমক্তা লৈবা দ্বিজাতিশিংনা মথাদা হায়বক্লিবা ধর্ম্ম মখল ১০ অসিবু যাম্না চেকশিন্না হুমিৎখ্ দিঙ্গী ঙাক্না চৎকদবনি ॥ ৯১ ॥

ধৃতি ( পেলহৈবা মতৌ তৌবা ), মীনা মাঙ্নবা তৌববসু মাঙ্নবা তৌবনা লম্মন খুমগে খন্দবা ( ঙাকপিবা ), দম ( বিষয়দা লুপ্তনা লৈববসু পূক্নিঙ্দি খক লেঙ্দবা ), অস্তেয ( মীগী মরল মথুম হুবানবা তৌদবা ), শৌচ ( হকচাংবু শেংনা থম্বা ), ইন্দ্রিয়-নিগ্রহ ( ইন্দ্রি খূত্থম চনবা ), ধী ( শাস্ত্রগী তত্ত্ব খঙ্বা ), বিদ্যা ( আত্মজ্ঞান—মশাগী মশক মুন্না খঙ্বা ), সত্য ( অচুম্বা ঙাকপা ); অক্রোধ ( শাউদবা )—১০ অসিনা ধর্ম্মগী লক্ষণনি ॥ ৯২ ॥

ধর্ম্মগী অসিগুম্বা লক্ষণ ১০ অসিবু লোইনা তমজুনা মহু ঙাক্না চৎলবদি ব্রাহ্মণ অহু লেপ্পমক অরানবা খুবম ফংই ॥ ৯৩ ॥

দ্বিজাতিশিংনা পূক্নিঙ্ লাকপগা লোয়ননা ধর্ম্ম মখল ১০ অসিবু নিঙ থিনা ঙাক্তুনা অমদি গুরুগী চীন্দগী হোনবী মতুং ইন্না

সংন্যস্য সর্ব্বকর্ম্মাণি কর্ম্মদোষানপানুদন্।
নিয়তো বেদমভ্যস্য পুত্রৈশ্বর্য্যে সুখং বসেৎ ॥ ৯৫
এবং সংন্যস্য কর্ম্মাণি স্বকার্য্যপরমোঽস্পৃহঃ।
সন্ন্যাসেনাপহত্যৈনঃ প্রাপ্নোতি পরমাং গতিম্ ॥ ৯৬
এষ বোঽভিহিতো ধর্ম্মো ব্রাহ্মণস্য চতুর্ব্বিধঃ।
পুণ্যোঽক্ষয়ফলঃ প্রেত্য রাজ্ঞাং ধর্ম্মং নিবোধত ॥ ৯৭

ইতি মানবে ধর্ম্মশাস্ত্রে ভৃগুপ্রোক্তায়াং
সংহিতায়াং ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ ॥ ৬ ॥

---

বেদান্ত তমহুনা খঙ্লগা লাইগী, ইপা ইপুগী অমসুং ঋষিশিংগী লম্মন শিংবা লোইরমলগা কোন্না সন্ন্যাস ধর্ম্ম তানগদবনি ॥ ৯৪ ॥

বেদ সন্ন্যাসী কুটীচরশিংনা অগ্নিহোত্রনচিংবা য়ুমলিংবা মীনা তৌগদবা থবক পুন্নমক থাদোক্তুনা খঙদবদগী থোকখিবা জীব পানবা হাৎপগী পাপ কোক্নবা প্রাণায়ামনচিংবা তৌগনি, অস্থুম তৌনা ইন্দ্রি অমদি পূক্নিঙ্ লাকশিন্নবা নিয়ম পুন্নমক ঙাক্লগা বেদ পাঠ তৌগনি অমসুং মচাবু থাকহন্দুনা পূক্নিঙ্ লৈতানা লৈগনি ॥ ৯৫ ॥

অস্থুম তৌহুনা ব্রাহ্মণনা কর্ম্ম ফল পুন্নমক থাদোক্তুনা, য়ুম্বানবগী হৌনবা অগ্নিহোত্রনচিংবসু হায়বদি স্বর্গনচিংবগী অপাম্বসু থাদোক্লগা মপুংফাবা সন্ন্যাস অমা ওইবগী পাংগলনা পাপ পুন্নমক্তুগী কোক্তুনা অরানবা থুবম ফংই ॥ ৯৬ ॥

লাইরমলেন্দা পুণ্য অমদি অমাঙ্ অতা লৈত্রবা মহৈ পীনহৈবা —ব্রাহ্মণশিংনা চৎকদবা আশ্রম মরিমক্কী হৌনবী ধর্ম্ম কর্ম্মগী মরম পুন্নমক ঐনা নখোয়দা হায়রবসিনি—হুজাক্তি নিংথৌনা তৌগদবা মথৌগী মরম অমুক হায়রগে তাও ॥ ৯৭ ॥

তল্লকগুবা অধ্যায়গী মৈতৈরোলগী শরূক লোইরে ॥ ৬ ॥

---

# সপ্তমোঽধ্যায়ঃ

রাজধর্ম্মান্ প্রবক্ষ্যামি যথাবৃত্তো ভবেন্নৃপঃ।
সম্ভবশ্চ যথা তস্য সিদ্ধিশ্চ পরমা যথা ॥ ১
ব্রাহ্মং প্রাপ্তেন সংস্কারং ক্ষত্রিয়েণ যথাবিধি।
সর্ব্বস্যাস্য যথান্যায়ং কর্ত্তব্যং পরিরক্ষণম্ ॥ ২
অরাজকে হি লোকেঽস্মিন্ সর্ব্বতো বিদ্রুতে ভয়াৎ।
রক্ষার্থমস্য সর্ব্বস্য রাজানমসৃজৎপ্রভুঃ ॥ ৩
ইন্দ্রানিলযমার্কাণামগ্নেশ্চ বরুণস্য চ।
চন্দ্রবিত্তেশয়োশ্চৈব মাত্রা নির্হৃত্য শাশ্বতীঃ ॥ ৪
যস্মাদেষাং সুরেন্দ্রাণাং মাত্রাভ্যো নির্ম্মিতো নৃপঃ।
তস্মাদভিভবত্যেষ সর্ব্বভূতানি তেজসা ॥ ৫

---

হৃজীক্তি নিংথৌগী মথৌ, নিংথৌগী শাজৎ-লমচৎ, নিংথৌগী হৌরকফম অমদি নিংথৌগী অফবা-ফত্তবা মরাইবক্কী ফলনচিংবগী মরম পুন্নমক হায়রক্কে তাবীয়ু ॥ ১ ॥

ক্ষেত্রিনা হৌনবী মতুংইন্না নগুণ থাংবগী থবক তৌরগা মরৈবাকী প্রজা পুন্নমকপু নিঙ্থিনা ঙাকপগী থবক তৌগনি ॥ ২ ॥

তাইবঙ্ পানবা অসিদা নিংথৌ পান্দ্রবদি অশোনবনা অকনববু কিবনা থক্কৎনৈ, মরম অদুনা অচৎ-চত্ত জীবশিংবু ঙাকপিশেনবীনবগীদমক্তা পরমেশ্বর ভগবাননা নিংথৌবু শেম্বিরম্মী ॥ ৩ ॥

ইন্দ্র, বায়ু, যম, সূর্য্য, অগ্নি, বরুণ, চন্দ্র, অমসুং কুবের—মায়কৈ নিপান ঙাকপা লাই নিপান অসিদগী মচি ওইব-ওইবা শরাক লৌথৎলগা ঈশ্বরনা নিংথৌবু শেম্বীরকই ॥ ৪ ॥

অসুম তৌনা ইন্দ্রনচিংবা অথোইবা লাইশিংগী অংশদগী শেম্নকপা ওইবনা নিংথৌনা মশাগী মতিক মঙ্গলনা থৠায় পানবা পুন্নমকপু নম্বাৎপা ঙম্মী ॥ ৫ ॥

তপত্যাদিত্যবচ্চৈষ চক্ষূংষি চ মনাংসি চ।
ন চৈনং ভুবি শক্নোতি কশ্চিদপ্যভিবীক্ষিতুম্ ॥ ৬
সোঽগ্নির্ভবতি বায়ুশ্চ সোঽর্কঃ সোমঃ স ধর্ম্মরাট্।
স কুবেরঃ স বরুণঃ স মহেন্দ্রঃ প্রভাবতঃ ॥ ৭
বালোঽপি নাবমন্তব্যো মনুষ্য ইতি ভূমিপঃ।
মহতী দেবতা হ্যেষা নররূপেণ তিষ্ঠতি ॥ ৮
একমেব দহত্যগ্নির্নরং দুরুপসর্পিণম্।
কুলং দহতি রাজাগ্নিঃ সপশু-দ্রব্যসঞ্চয়ম্ ॥ ৯
কার্য্যং সোঽবেক্ষ্য শক্তিঞ্চ দেশকালৌ চ তত্ত্বতঃ।
কুরুতে ধর্ম্মসিদ্ধ্যর্থং বিশ্বরূপং পুনঃ পুনঃ ॥ ১০

---

নুমিৎকুম্না লংলবা মশাগী মঙান্না নিংথৌনা মাবু য়েংবশিংগী মমিৎ অমদি মপুন্নিঙ্‌দা মৈশা লাংহল্লি. পৃথিবীদা পোকপা মী অমত্তনসু মহাকপু থক মায়োক্লনা য়েংনবা ঙমদে ॥ ৬ ॥

মতিক-ময়াইদা নিংথৌদি অগ্নি, ( মৈ ), বায়ু ( নুংশিৎ ), সূর্য্য ( নুমিৎ ), চন্দ্র (থা), যম ( অশিবগী নিংথৌ ) বরুণ (ঈশিংগী মপু), অমসুং মহেন্দ্র ( শোরারেন )—কৌবা লাইশিং অসিগী পান্দমনি ॥ ৭ ॥

অঙাং ওইরবসু নিংথৌবু অচম্বা মী অমগুম থক থৌশাদবা তৌরোইদবনি ;—মহাক্তি মীগী মশক লৌতুনা লৈরবা অচৌবা লাইগী মশক্নি ॥ ৮ ॥

থৌশাদনা মৈনাক্তা চঙ্‌লুবদা মৈনা চাক্লবা মী অতুগুম নিংথৌগী মশক ওইরবা মৈনা শাউসরুবদি লঙ্‌জরুবা মী অতুগী মশাতসু নত্তনা শা-ষণনচিংবা মচাক-মরল পুম্নমক্কা লোয়ননা শাগৈ নাতৈ ফাওবা তুম্নবা চাকথেকই ॥ ৯ ॥

নিংথৌনা মশাগী রাজধর্ম্ম পাঙ্‌থোক্লবগীদমক কান্ন-কান্নরকপা থৌওঙ্‌ পুম্নমক্তা মশাগী মপাংগল, মকম অমসুং মতমগী মতুংইন্না শকলোন খুদিঙ্‌মক লৌবা য়াই হায়বদি করিগুম্বা

যস্য প্রসাদে পদ্মা শ্রীর্বিজয়শ্চ পরাক্রমে।
মৃত্যুশ্চ বসতি ক্রোধে সর্ব্বতেজোময়ো হি সঃ॥ ১১
তং যস্তু দ্বেষ্টি সম্মোহাৎ স বিনশ্যত্যসংশয়ম্।
তস্য হ্যাশু বিনাশায় রাজা প্রকুরুতে মনঃ॥ ১২
তস্মাৎদ্ধর্ম্মং যমিষ্টেষু স ব্যবস্যেন্নরাধিপঃ।
অনিষ্টঞ্চাপ্যনিষ্টেষু তং ধর্ম্মং ন বিচালয়েৎ॥ ১৩
তস্যার্থে সর্ব্বভূতানাং গোপ্তারংধর্ম্মমাত্মজম্।
ব্রহ্মতেজোময়ং দণ্ডমসৃজৎ পূর্ব্বমীশ্বরঃ॥ ১৪
তস্য সর্ব্বাণি ভূতানি স্থাবরাণি চরাণি চ।
ভয়াদ্ভোগায় কল্পন্তে স্বধর্ম্মায় চলন্তি চ॥ ১৫

---

য়েক্লবা, করিগুম্বদনা মরূপ, অতুগা করিগুম্বা হিরমদনা করি খঙ্দবা ওইনা লৈহ্না অসুম তৌহ্না হন্না হন্না তোঙান তোঙানবা শকলোন লৌবা য়াই॥ ১০॥

মানা পেনবিরগা লন-থুম য়াম্না ফংই, মাগী মথৌনানা য়েক্লবা ঙম্মী, মাগী অশাউবনা মীগী শিননবা ওই,—অসিগুম্বা মঙঙ্ ওইবিবা নিংথৌ হায়বসিদি শোয়দনমক হুমিৎ থাগুম মঙান-মশা চাউবনি॥ ১১॥

পঙ্বদগী নিংথৌগা মুক্নবা মী অতুদি লেপ্নমক মমাঙ্লে, নিংথৌনা মহাকপু থুনমক মাঙ্হনগে হায়না থল্লকই॥ ১২॥

মরম অতুনা লৈবাক মবা তপ্না পান্নবা অমদি ফত্তববু লাক-শিন্নবা নিংথৌনা শেম্বা ধর্ম্ম কর্ম্ম (তৌগদবা মথৌ) গী নিয়ম পুন্নমক অতু থক থৌশাদবা চুমদে॥ ১৩॥

নিংথৌগী কান্নবগীদমক ব্রহ্মানা মমাঙঙদা থরায় পানবা পুন্নমকপু ঙাকপি কনবীরিবা-ধর্ম্মগী-মশক-ওইবা-মশাগী-মঙালগুম্বা-দণ্ডবু (রায়েনজৈ) শেম্বিখিবনি॥ ১৪॥

অসিগুম্বা দণ্ড (রায়েনজৈ) অসিতবু কিবনা অচৎ-চত্ত জগৎ পুন্নমক্না মাগী মাগী ফংফম থোকপা মরম থুদিঙ্মক ফংহ্না পামবা ঙম্মী; কনাসু মশাগী ধর্ম্মদা থক হল্লাহুবা ঙমদে॥ ১৫॥

তং দেশকালৌ শক্তিঞ্চ বিদ্যাঞ্চাবেক্ষ্য তত্ত্বতঃ।
যথার্হতঃ সম্প্রণয়েন্নরেষন্যায়বর্ত্তিষু ॥ ১৬
স রাজা পুরুষো দণ্ডঃ স নেতা শাসিতা চ সঃ।
চতুর্ণামাশ্রমাণাঞ্চ ধর্ম্মস্য প্রতিভূঃ স্মৃতঃ ॥ ১৭
দণ্ডঃ শাস্তি প্রজাঃ সর্ব্বা দণ্ড এবাভিরক্ষতি।
দণ্ডঃ সুপ্তেষু জাগর্ত্তি দণ্ডং ধর্ম্মং বিদুর্বুধাঃ ॥ ১৮
সমীক্ষ্য স ধৃতঃ সম্যক্ সর্ব্বা রঞ্জয়তি প্রজাঃ।
অসমীক্ষ্য প্রণীতস্তু বিনাশয়তি সর্ব্বতঃ ॥ ১৯
যদি ন প্রণয়েদ্রাজা দণ্ডং দণ্ড্যেষ্বতন্দ্রিতঃ।
শূলে মৎস্যানিবাপক্ষ্যন্ দুর্ব্বলান্ বলবত্তরাঃ ॥ ২০

---

নিংথৌনা মফম, মতম য়েংদুনা অমসুং অরানবা তৌরিবা মীগী মতিক মগুণ খন্দুনা মাবু মতিক থোকপা দণ্ড পীগদবনি ॥১৬॥

দণ্ড হায়বসি নিংথৌমক্তি খঙগনি, দণ্ডনা পুরুষ ( নিপা থোকপা মতৌ ) নি, দণ্ডনা লৈবাক্কী লুচিংবনি অমসুং রায়েন-চৈরাক তৌননবা মপু ( শাসনকর্ত্তা ) নি। অসিগুম্বা দণ্ড অসিনা আশ্রম মরিমক্কী ধর্ম্মগী প্রতিভূ ( মহৎশিনবা ) নি খঙগনি ॥ ১৭ ॥

দণ্ডনা প্রজা অপুম্ববু লাকশিল্লি, দণ্ডতনা মখোয়বু ঙাকপি-শেনবীরি, পুম্নমক্না তুম্লবদসু দণ্ডতনা মিৎশেঙ্ খাঙ্দুনা তুমদনা লৈ। পণ্ডিতশিংনা দণ্ডবু ধর্ম্মগী মরুনি হায়না খঙ্‌লৈ ॥ ১৮ ॥

অসিগুম্বা দণ্ড অসিবু মুম্না রাখল তৌনা পায়রবদি প্রজা পুম্নমক হুংঙাইনা লৈ; অদুগা রায়েন চুমদনা দণ্ড অসি শীজিন্নরবদি পুম্নমক তুম্না মাঙ্‌বা তাই ॥ ১৯ ॥

নিংথৌনা অতনবা লৈতনা হোৎনদুনা অরানবা তৌবা মীবু দণ্ড পীবিদ্রবদি অকনবা মীশিংনা খোই-দা ঙা লেংবগুম অশোনবশিংবু ওৎপি-লৈবীদুনতা লৈরমগদবনি ॥ ২০ ॥

অদ্যাৎ কাকঃ পুরোডাশং শ্বাবলিহ্যাদ্ধবিস্তথা ।
স্বাম্যঞ্চ ন স্যাৎ কস্মিংশ্চিৎ প্রবর্ত্তেতাধরোত্তরম্ ॥ ২১
সর্ব্বো দণ্ডজিতো লোকো দুর্লভো হি শুচির্নরঃ ।
দণ্ডস্য হি ভয়াৎ সর্ব্বং জগদ্ভোগায় কল্পতে ॥ ২২
দেব-দানব-গন্ধর্ব্বা রক্ষাংসি পতগোরগাঃ ।
তেঽপি ভোগায় কল্পন্তে দণ্ডেনৈব নিপীড়িতাঃ ॥ ২৩
দুষ্যেয়ুঃ সর্ব্ববর্ণাশ্চ ভিদ্যেরন্ সর্ব্বসেতবঃ ।
সর্ব্বলোকপ্রকোপশ্চ ভবেদ্দণ্ডস্য বিভ্রমাৎ ॥ ২৪

---

দণ্ড পীফম থোকপদা নিংথৌনা দণ্ড পিবিদ্রবদি কাক্না যজ্ঞগী চরু চাবমগদবনি অতুগা লাইদা মন্ত্র শোন্দুনা কৎপা হবিবুসু হূইনা লেক্তূনা তোক্লমগদবনি। পূন্নমক মাগী মাগী হক মাঙ্নরমগদবনি, কনানসু করিগুম্বা অমত্তগী মপু ওইবা ফংলমলোইদবনি—হায়বদি অকনবতনা জয তৌবমগদবনি অতুগা অতোনবা জাতিশিংনা অবাংবা অফবা জাতিগী মীশিংবু মায়থীবা পীহূনতা লৈরমগদবনি ॥ ২১ ॥

অসিগুম্বা দণ্ড অসিবু কিনবতনা মীওইবনা অচুম্বা লম্বী চৎনরিবনি, মবমদি মবমচৎ মতৌদা পূমশেং শেংবা মীওইদি সংসার অসিদা যান্না তাঙ্না লৈ। দণ্ডবু কিবতনা অচৎ-চত্ত তাইবঙ্ পানবনা মাগী মাগী ফংফম থোকপা হক্ পূন্নমক ফংনরিবনি ॥ ২২ ॥

দেব, দানব, গন্ধর্ব্ব, রাক্ষস, পক্ষী ( উচেক ), অমদি সর্প ( লিন )—মখোয় অসিসু তাইবঙ্ মপুগী দণ্ড কিনবমক্তনা মাগী মাগী থবক্না জগৎ পূন্নমক্কী কান্ননবা তৌনহূনা লৈরি ॥ ২৩ ॥

দণ্ড অসি থক তৌদ্রবদি নত্রগা শেরাম্নবা দণ্ড পিরবদি ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ পূন্নমক অসি অমনা অমগী নূপী পান্নহূনা সঙ্কীর্ণ জাতি (ঈ-শেংদবা মচাশিং) থোক্লকপসু য়াই, ধর্ম্ম-শাস্ত্র পূন্নমক্না য়ানরিবা চতুর্ব্বর্গ ফল ( ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ ) ফংহন্নবগী মশক ওইবা

যত্র শ্যামো লোহিতাক্ষো দণ্ডশ্চরতি পাপহা।
প্রজাস্তত্র ন মুহ্যন্তি নেতা চেৎ সাধু পশ্যতি ॥ ২৫
তস্যাহুঃ সম্প্রণেতারং রাজানং সত্যবাদিনম্।
সমীক্ষ্যকারিণং প্রাজ্ঞং ধর্ম্ম-কামার্থকোবিদম্ ॥ ২৬
তং রাজা প্রণয়ন্ সম্যক্ ত্রিবর্গেণাভিবর্দ্ধতে।
কামাত্মা বিষমঃ ক্ষুদ্রো দণ্ডেনৈব নিহন্যতে ॥ ২৭

---

ধর্ম্মগী থোং ( পান্থৈ ) অহু তেকখিবস্নু য়াই অত্থগা হুরানবা অমদি লমহেনবা কাঙ্ বুনা পূন্নমকপু শাউগৎনহল্লবস্নু য়াই ॥ ২৭ ॥

কুচু মুবা, মমিংনা ঈখেংমুক ভাঙ্ বা অত্থগুম্বা পাপ মাঙ্ হনবা দণ্ড অত্থনা মফম খূদিঙ্ শীনবথুংনা চত্তূনতা লৈবা অত্থগা দণ্ড পায়-বিবা মীনস্নু হিরম খূদিঙমক্তা অচুম-চুমদ য়েংহুনা দণ্ড পীরিবা অত্থগুম্বা লৈবাক অত্থদদি প্রজা পূন্নমক্কী করিগুম্বা অরাবা অমত্তস্নু লৈতে ॥ ২৫ ॥

অচুম্বা ভাঙ্ বা, মাঙ্-তুং য়েংনা থবক তৌবা, অথোইবা জ্ঞান চেনবা অমদি ধর্ম্মনা কদাযনো, কাম (অপাম্বা মিহৌবনচিংবা) না কদাযনো হাযবনচিংবগী থন্দোক-খঞ্জিন হৈবা অত্থগুম্বা নিংথৌ অদূবু মহুনচিংবা ঋষিশিংনা মতিক চাবা নিংথৌনি হায়না শীংথানৈ ॥ ২৬ ॥

নিংথৌনা মতিক চানা চানা রায়েন চৈরাক ( দণ্ড ) পীরবদি ধর্ম্ম ( মথৌ খঙ্ বা ), অর্থ ( শেংনা লন তান্নবা মরম খঙ্ বা ), অমসুং কাম ( পামগদবা পামলোইদবা মশক লেপ্পা ভম্বা ) হায়বা মথল অহুম অসিনা লৈবাক্কী চাওখৎপা হেলহল্লি অত্থগা নিংথৌনা মতাং চাউবা, ওইজ-ওইথক পামগনবা অমসুং শাউগনবা অম্না ওইরবদি মহাক অত্থবু মশানা পায়জল্লিবা দণ্ড ( রায়েন-চৈ ) অত্থ-মক্না মাঙ্ হল্লি ॥ ২৭ ॥

দণ্ডো হি সুমহত্তেজো দুর্দ্ধরশ্চাকৃতাত্মভিঃ।
ধর্ম্মাদ্বিচলিতং হন্তি নৃপমেব সবান্ধবম্॥ ২৮
ততো দুর্গঞ্চ রাষ্ট্রঞ্চ লোকঞ্চ সচরাচরম্।
অন্তরীক্ষগতাংশ্চৈব মুনীন্ দেবাংশ্চ পীড়য়েৎ॥ ২৯
সোঽসহায়েন মূঢ়েন লুব্ধেনাকৃতবুদ্ধিনা।
ন শক্যো ন্যায়তো নেতুং সক্তেন বিষয়েষু চ॥ ৩০
শুচিনা সত্যসন্ধেন যথাশাস্ত্রানুসারিণা।
প্রণেতুং শক্যতে দণ্ডঃ সুসহায়েন ধীমতা॥ ৩১

---

দণ্ড হাযবসিদি তশেংনা মৈগুম্বা মঙাল চেনবনা মদূবু শাস্ত্রগী জ্ঞান লৈতবা নিংথৌনা পাযবদা মতিক ওইদে; মবমদি—মহাকপু (দণ্ডবু) মতিক চাদনা (শীজিন্নক্ষম চাদনা) শীজিন্নকরবদি অত্থুগুম্বা মথৌ মশক খঙ দবা নিংথৌবু মাগী শাগৈ-নাতৈ মরূপ-মপিজা পূম্নমক্কা লোযননা মসিনা (দণ্ড) তুম্না মাঙ্-তাকহল্লি॥ ২৮॥

দণ্ডবু মতিক চানা শীজিন্নদ্রবদি মতুনা নিংথৌগী লানবল, অবেঙ্বা লেঙ্দবা (স্থাববাস্থাবব) সম্পত্তি অমদি প্রজাশিংগা লোযননা পাক-চাউববা সাম্রাজ্য (লৈবাক) গী অমাঙ্বা থোক-হল্লি; অমুক কবিবু হাযগনি—আতিয়া মগুলদা লৈরিবা ঋষি অমসুং লাইশিংমকপুসু অরাবা ফংহল্লুই॥ ২৯॥

মন্ত্রি অমদি পুরোহিতনচিংবগী মতেং লৌদবা, অপঙ্বা, মিহৌচাউবা, শাস্ত্র হৈতবা অমসুং মশাগী ওইজ-ওইথক্তমক থিত্নুনা লৈবা নিংথৌদি কৈদৌঙৈদসু অচুম্বা রায়েননা দণ্ড পীবা ঙম্দে॥৩০॥

পূক্নিঙ্ হকচাং শেংনা লৈবা, অচুম্বা ঙাক্না চৎপা, বেদনচিংবা শাস্ত্রনা য়াবা থবক্তমক তৌবা, বুদ্ধি লৌশিং চঙ্খোনবা অমসুং মন্ত্রি, সেনাপতি-পুরোহিতনচিংবনা কোয়না মতেং পাংলিবা অত্থু-গুম্বা নিংথৌদি নিয়ম কায়দনা দণ্ড পীবা হৈ॥ ৩১॥

স্বরাষ্ট্রে ন্যায়বৃত্তঃ স্যাদ্‌ভৃশদণ্ডশ্চ শত্রুষু।
সুহৃৎস্বজিহ্মঃ স্নিগ্ধেষু ব্রাহ্মণেষু ক্ষমান্বিতঃ॥ ৩২
এবং বৃত্তস্য নৃপতেঃ শিলোঞ্ছেনাপি জীবতঃ।
বিস্তীর্য্যতে যশো লোকে তৈলবিন্দুরিবাম্ভসি॥ ৩৩
অতস্তু বিপরীতস্য নৃপতেরজিতাত্মনঃ।
সংক্ষিপ্যতে যশো লোকে ঘৃতবিন্দুরিবাম্ভসি॥ ৩৪
স্বে স্বে ধর্ম্মে নিবিষ্টানাং সর্ব্বেষামনুপূর্ব্বশঃ।
বর্ণানামাশ্রমাণাঞ্চ রাজা সৃষ্টোঽভিরক্ষিতা॥ ৩৫

---

নিংথৌনা মরৈবাক্তা শাস্ত্রগী মত চপ চানা চৎহনগনি, য়েক্লববু অকনবা দণ্ড পীহুনা লাকশিনগনি, মানা লুনা চান্না তৌবীফম থোকপা মরূপ-মপিজানচিংবশিংগী মকমদা লৌথুপ-লৌকোয় শাজৎ চৎপিয়োই অহুগা ব্রাহ্মণশিংবুদি মরাল খরা লৈরবসু মতম পুম্বা ঙাকপিগনি ॥ ৩২ ॥

অসিগুম্বা লমচৎ-শাজৎ চুম্বা অমদি রায়েন-থৌদাগী থবক নিঙ্থিনা পাঙথোক্নূনা শাস্ত্রনা হায়বা মতুংইন্না লৈবাক ঙাকপগী থবক তৌরবদি অহুগুম্বা নিংথৌ অহুনা অতোনবা থবক্লা মথল্লায় হিংননবা তৌরবসু (উঞ্ছবৃত্তি) ঈশিংদা তাবা থাউ মরীকুম্না তাইবঙ্শীনবা থুংনা মাগী মিংচৎ শন্দোকখি ॥ ৩৩ ॥

অহুগা মসিগী ওন্ন-তৈনবা শাজৎ চৎপা, ইন্দ্রিগী মখা পোনবা, অহুগুম্বা নিংথৌ অহুদি তাইবঙ্মীরমলেন অসিদা ঈশিংদা তাবা ঘি মরীকুম অসুম অসুম ময়েং তাশিল্লকই ॥ ৩৪ ॥

মাগী মাগী হৌনবী ধর্ম্মগী লম্বী চত্নূনা অতৎপা লৈতনা ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ মরিমক্কী অমদি ব্রহ্মচর্য্যনচিংবা আশ্রম মরিমক্কী প্রজা পুম্নমকপু ঙাকপি-শেনবী তৌহন্নবগীদমক ব্রহ্মানা নিংথৌবু শেম্নকপনি ॥ ৩৫ ॥

তেন যদ্‌যৎ সভৃত্যেন কর্ত্তব্যং রক্ষতা প্রজাঃ।
তত্তদ্বোহহং প্রবক্ষ্যামি যথাবদনুপূর্ব্বশঃ॥ ৩৬
ব্রাহ্মণান্ পর্য্যুপাসীত প্রাতরুত্থায় পার্থিবঃ।
ত্রৈবিদ্যবৃদ্ধান্ বিদুষস্তিষ্ঠেৎ তেষাঞ্চ শাসনে॥ ৩৭
বৃদ্ধাংশ্চ নিত্যং সেবেত বিপ্রান্ বেদবিদঃ শুচীন্।
বৃদ্ধসেবী হি সততং রক্ষোভিরপি পূজ্যতে॥ ৩৮
তেভ্যোহধিগচ্ছেদ্বিনয়ং বিনীতাত্মাপি নিত্যশঃ।
বিনীতাত্মা হি নৃপতির্ন বিনশ্যতি কর্হিচিৎ॥ ৩৯

---

প্রজাশিংবু ঙাকপি-শেনবীনবগীদমক মন্ত্রীনচিংবা মচা-মনাই-শিং লোয়ননা নিংথৌনা তৌগদবা মথৌ পুন্নমক অহ্ন মথং-মনাউ নাইনা হুজীক ঐনা নখোয়দা হায়রক্কে—॥ ৩৬ ॥

নিংথৌনা হুমিৎ খুদিঙ গী অয়ুক অঙনবদা হৌগৎলগা 'ঋগ্-যজু-সাম' বেদ অহুম্মক নিঙ্থিনা হৈবা অমসুং নীতি-শাস্ত্র খঙ্বা ব্রাহ্মণশিংবু সেবা তৌগনি অহুগা মখোয় অহুনা তাকপা য়াথং মতুংইন্না থবক মখা চথগনি ॥ ৩৭ ॥

মপূক্লিঙ্ হকচাং অনিমক তশেং-তশেংবা অসিগুম্বা বেদহৈবা, তপ তৌবতদা অহল ওইশিল্লক্লবা অমদি পুন্সীরক্লবা ব্রাহ্মণ অহল-শিংবুসু সেবা তৌবনা নিংথৌগী মথৌনি। মরমদি—অসিগুম্বা ব্রাহ্মণ অহলশিংবু সেবা তৌবীবা নিংথৌ অহুদি—শাহিং চাবা হিংচাবা মক্কসু মতম পুন্নমক্তা মহাক্কী কান্নবতা তৌহুনা লৈ ॥ ৩৮ ॥

নিংথৌ অহুনা মশাগী ওইজবা মরৌশিং মপাংগলনা অমদি শাস্ত্র-নৈনরকপগী মগুণনা হান্নদগী অহুম্মক নোল্লুকচরক্লবসু মতম পুন্নমক্তা ব্রাহ্মণ অহলশিং অসিগী মফমদগী নোল্লুক-শাজৎ তমগদবনি, মরমদি—নোল্লুক-শাজৎ চৎপা মিংথৌদি কৈদৌঙৈদসু অমাঙ্-অতা থোক্কে ॥ ৩৯ ॥

বহবোঽবিনয়ান্নষ্টা রাজানঃ সপরিচ্ছদাঃ।
বনস্থা অপি রাজ্যানি বিনয়াৎ প্রতিপেদিরে॥ ৪০
বেণো বিনষ্টোঽবিনয়ান্নহুষশ্চৈব পার্থিবঃ।
সুদাসো যাবনিশ্চৈব সুমুখো নিমিরেব চ॥ ৪১
পৃথুস্তু বিনয়াদ্রাজ্যং প্রাপ্তবান্ মনুরেব চ।
কুবেরশ্চ ধনৈশ্বর্য্যং ব্রাহ্মণ্যঞ্চৈব গাধিজঃ॥ ৪২
ত্রৈবিদ্যেভ্যস্ত্রয়ীং বিদ্যাদ্ দণ্ডনীতিঞ্চ শাশ্বতীম্।
আন্বীক্ষিকীঞ্চাত্মবিদ্যাং বার্ত্তারম্ভাংশ্চ লোকতঃ॥ ৪৩

---

শগোল-শামুনচিংবা মবল-মথুম রাত্তনা লৈত্নুনস্সু নোল্লুক-শাজংতং য়াৎপদগী অয়াম্বা নিংথৌগী মাঙ্-তাক্লবা মশক ওইখি অত্নুগা অমরোমদনা মতম কুইনা উবক-রারক্তদা লৈবা ওইত্নুনস্সু নোল্লুকপতগী মপান্না নিংথৌ ওইবা কয়া কয়া য়াওখি॥ ৪০ ॥

মহারাজ নহুষ, বেণ, যবনগী মচা, সুদাস, সুমুখ অমসুং নিমি —মথোয় পূন্নমক নোল্লুকপা হৈতবদগী মাঙ্নখিবা ভাক্তনি॥ ৪১ ॥

অত্নুগা নোল্লুকপগী মগুণনা মহাবাজ পৃথু অমসুং মনুনা চাউ-রবা সাম্রাজ্য ফংনখি; কুবেরনা লনগী মপু ওইখি অত্নুগা গাধিগী মচানিপা বিশ্বামিত্রনা ক্ষেত্রি মচা ওইরবসু ব্রাহ্মণ ওইজবা ফংখি॥ ৪২ ॥

নিংথৌনা, বেদ অহুম্মক খঙলবা দ্বিজশিংগী মফমদগী ঋক্, যজুঃ, সাম হায়রবা বেদ অহুম অত্নুগা অর্থশাস্ত্র হৈবা মীগী মফমদগী দণ্ডনীতি তমশিনগদবনি। তার্কিক অমসুং বৈদান্তিকশিংদগী তর্ক-শাস্ত্র অমদি ব্রহ্মবিদ্যা তমগদবনি অত্নুগা লৌউ-শীংউবা অমদি লল্লোন-ইতিক, শা-ষণ য়োকপা অসিনচিংবা তৌত্নুনা লন তাম্নবগী পাম্বৈনা লৌমী-শিনমী, লল্লোনবা মী অসিনচিংবদগী খঙ্নবা তমশিনগদবনি॥ ৪৩ ॥

ইন্দ্রিয়াণাং জয়ে যোগং সমাতিষ্ঠেদ্দিবানিশম্।
জিতেন্দ্রিয়ো হি শক্নোতি বশে স্থাপয়িতুং প্রজাঃ॥ ৪৪
দশ কামসমুত্থানি তথাষ্টৌ ক্রোধজানি চ।
ব্যসনানি দুরন্তানি প্রযত্নেন বিবর্জ্জয়েৎ॥ ৪৫
কামজেষু প্রসক্তো হি ব্যসনেষু মহীপতিঃ।
বিযুজ্যতেহর্থধর্ম্মাভ্যাং ক্রোধজেষ্বাত্মনৈব তু॥ ৪৬
মৃগয়াক্ষো দিবাস্বপ্নঃ পরিবাদঃ স্ত্রিয়ো মদঃ।
তৌর্য্যত্রিকং বৃথাট্যা চ কামজো দশকো গণঃ॥ ৪৭

---

মিৎ-নানচিংবা ইন্দ্রিমথৈবু লাকশিনবা গুন্নবা অহিং সুংথিল নাইদনা হোৎনগদবনি, মবমদি—ইন্দ্রিবু জয় তৌবা গুন্নবা নিংথৌ অত্তনা প্রজাশিংবু লায়না লাকশিনবা গুম্মী॥ ৪৪ ॥

চৌবর শান্নবনচিংবা অপাম্বা পোকহনবা থবক মথল ১০ অমসুং মীনম শোবিবনচিংবা অশাউবা পোকহনবা থবক মথল ৮—অসিগুম্বা ফত্রবা থবক মথল ১৮ অসিদি নিংথৌনা যাম্না চেকশিন্না হোৎনত্নুনা পূমথা থাদোক্কদবনি॥ মবমদি, মখোয় অসিনা ফনমক সুংঙাইবা পীনিংঙাই ওইববসু পোলোই মতমদা য়াম্না ৱানবা মশক ওইরকই॥ ৪৫ ॥

নিংথৌনা অপাম্বা পোকহনবা থবক্তা খোয়দারবদি ধর্ম্ম অমসুং মরল অনিমক মাঙ্ই অত্তগা অশাউবা পোকহনবা থবক্তমক তৌরগনা মশাগী মপুন্সী ফাওবা মাঙ্লকপা য়াই॥ ৪৬ ॥

শা-তানবা, চৌবর শান্নবা, সুংথিন তুম্বা, মীগী ফত্তবা রা ঙাঙ্বা ( মীগী দোষ থিবা ), নুপী পামগনবা, ময়াইকাবা পোৎ চাশিন-থকচিন্দুনা ঙাওবা, পুং-ঈশৈ-জগোই অমসুং থবক লৈত্তনা চৎথোক-চৎশিন তৌবা—থবক মথল ১০ অসিবু কামজ ( অপাম্বা পোকহনবা ) হায়না খঙনৈ॥ ৪৭ ॥

পৈশুন্যং সাহসং দ্রোহ ঈর্ষ্যাসুয়ার্থদূষণম্ ।
বাগ্দণ্ডজঞ্চ পারুষ্যং ক্রোধজোঽপি গণোঽষ্টকঃ ॥ ৪৮
দ্বয়োরপ্যেতয়োর্মূলং যংসর্ব্বে কবয়ো বিদুঃ ।
তং যত্নেন জয়েল্লোভং তজ্জাবেতাবুভৌ গণৌ ॥ ৪৯
পানমক্ষাঃ স্ত্রিয়শ্চৈব মৃগয়া চ যথাক্রমম্ ।
এতৎ কষ্টতমং বিদ্যাচ্চতুষ্কং কামজে গণে ॥ ৫০
দণ্ডস্য পাতনঞ্চৈব বাক্পারুষ্যার্থদূষণে ।
ক্রোধজেঽপি গণে বিদ্যাৎ কষ্টমেতৎত্রিকংসদা ॥ ৫১
সপ্তকস্যাস্য বর্গস্য সর্ব্বত্রৈবানুষঙ্গিণঃ ।
পূর্ব্বং পূর্ব্বং গুরুতরং বিদ্যাদ্ব্যসনমাত্মবান্ ॥ ৫২

---

মরম থঙ্দনা মীবু হেক্তমক অরানবা শীবা, মতিক নত্তনা মগুন হাপ্পা, কল্লকপা, য়েংথীবা, মিহৌ চাউবা, মীগী মরল হূরানবা, মীবু মরাল লৈতনা চৈবা-থাংবতা তৌবা, অমসুং মীবু রাহন-নংহনবা—নিপান অসিমক অশাউবা পোকহনবা থৌরম্মক্তনি ॥ ৪৮ ॥

পণ্ডিতশিংনা হায়—অপাম্বা, মিহৌবা হায়বসিতনা কামজ অমদি ক্রোধজ ( অপাম্বা অশাউবা পোকহনবা ) অনিগী মরুওইবা মরমনি। মরম অতুনা চেকশিন্না হোৎনতুনা হায়রিবা অপাম্বা অসিবু জয় তৌনবা হোৎনবনা নিংথৌগী মথৌনি ॥ ৪৯ ॥

অপাম্বা পোকহনবা থবক ১০গী মনুংদা য়ুথকপা, জ্বার শাম্নবা, নূপীদা ওক্তবা অমদি শা-তানবা মরি অসিদি খ্বায়দগী হেন্না ফত্তবা অমদি অরাবা ফংহন্নবা ওই ॥ ৫০ ॥

অতুগা অশাউবা পোকহনবা থবক মথল ৮ গী মনুংদনা হুংশি হৈত্তবা রা,ঙাঙ্বা, হুংশি-হৈতনা য়ৈবী-চৈবীবা অমসুং মীগী ফংজ-ফম থোকপা মরলবু নমথাক তৌতুনা পীবিদবা—অহুম অসিদি নিংথৌগী মাঙ্নবা মশক্তি হায়বসি থঙ্গদরনি ॥ ৫১ ॥

য়ুথকপা, নূপীদা হালেংদবা, শাতানবা, হুংশিহৈতবা চৈঙু, য়াঙাঙ ফজদবা অমদি মীগী মরল হুবা—অসিগুম্বা অপাম্বা পোক-

ব্যসনস্ত চ মৃত্যোশ্চ ব্যসনং কষ্টমুচ্যতে।
ব্যসন্যধোঽধো ব্রজতি স্বর্যাত্যব্যসনী মৃতঃ॥ ৫৩
মৌলান্ শাস্ত্রবিদঃ শূরান্ লব্ধলক্ষান্ কুলোদ্গতান্।
সচিবান্ সপ্ত চাষ্টৌ বা প্রকুর্ব্বীত পরীক্ষিতান্॥ ৫৪
অপি যৎ সুকরং কর্ম্ম তদপ্যেকেন দুষ্করম্।
বিশেষতোঽসহায়েন কিন্তু রাজ্যং মহোদয়ম্॥ ৫৫
তৈঃ সার্দ্ধং চিন্তয়েন্নিত্যং সামান্যং সন্ধিবিগ্রহম্।
স্থানং সমুদয়ং গুপ্তিং লব্ধপ্রশমনানি চ॥ ৫৬

---

হনবা থবক মখল ৭ অসিদি লৈবাক শীনবা থুংনা লৈগল্লি অমসুং ময়াম অসিগী মরক্তা অহান অহানবা অসিনা মথং মথংদগী হেন্না হেন্না শাথীবনি হায়বসি নিংথৌনা খঙ্‌গদবনি॥ ৫২॥

অপাম্বা নত্রগা অশাউবা পোকহনবা থবক্তা অশিবগা অমি অসিগী মরক্তা অপাম্বা অমদি অশাউবা পোকহনবা মরম অসিনা হেন্না রাননবা মশক্তি মরমদি—থবকশিং অসি তৌবা মীনা শিরগা লৈথা তাই অদুগা মসি শন্নদবা মীনা শিরগা স্বর্গ কায়॥ ৫৩॥

মপা মপু হাক্তক্তগী মথং মথং নিংথৌগী থবক তৌরকপা মী, বেদনচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্র হৈবা মী, মত্তিক মগুণ অমদি মথৌনা লৈবা মী, অমদি শা-লান্দা হৈবা মী, শাগৈ জাৎ ফবা মী অমসুং চাং য়েংদুনা মগুণ খঙ্‌লবা মী অসিগুম্বা মীওই ৭ নত্রগা ৮না নিংথৌ খুদিঙ্‌গী মন্ত্রী ওইনা লৈহনবা হৌনৈ॥ ৫৪॥

করিস্সু লৈতনা তৌবা ঙম্বা অচম্বা থবকসু করি করিগুম্বদা মী অমত্তনা তৌবা ঙম্লক্তবা হেক ময়াওই। মরম অদুনা মশীং লাকঙম-দ্রবা পাক চাউরবা লৈবাক্কী থবক ময়াম অদুবু মী অমত্তনা নিঙ্‌থিনা পাঙ্‌থোকপদি খ্বারদগী হেন্না লুনা থোকই হায়বসি হায়মনবা নত্তে॥ ৫৫॥

সন্ধি তৌনবা নত্রগা লান থেংনবনচিংবা থবক অন্নাম্বদা নিং-থৌনা মন্ত্রিশিং অসিগা রা তান্নগদবনি; লাম্মী মখল মরিবু করম্না

তেষাং স্বং স্বমভিপ্রায়মুপলভ্য পৃথক্ পৃথক্।
সমস্তানাঞ্চ কার্য্যেষু বিদধ্যাদ্ধিতমাত্মনঃ ॥ ৫৭
সর্ব্বেষান্তু বিশিষ্টেন ব্রাহ্মণেন বিপশ্চিতা।
মন্ত্রয়েৎ পরমং মন্ত্রং রাজা ষাড়্গুণ্য সংযুতম্ ॥ ৫৮
নিত্যং তস্মিন্ সমাশ্বস্তঃ সর্ব্বকার্য্যাণি নিক্ষিপেৎ।
তেন সার্দ্ধং বিনিশ্চিত্য ততঃ কর্ম্মসমারভেৎ ॥ ৫৯
অন্যানপি প্রকুর্ব্বীত শুচীন্ প্রাজ্ঞানবস্থিতান্।
সম্যগর্থসমাহর্ত্তৄনমাত্যান্ সুপরীক্ষিতান্ ॥ ৬০

---

থম্নিবগে, পূক্তৈ-লনগৈ, সহর, লৈবাক অসিনচিংবনা করম তৌরগা নিঙ্‌থিনা চাওথংহনবা অমদি য়োকখৎপা য়াগদগে অহুগা প্রজাবুনা করম ঙাকপা হৌনবগে অমসুং ফংলকপা লন-থুমনা করম তৌনা য়েম্বোক্কদগে হায়বনচিংবা মরমদসু মথোয়গা তান্নগদবনি ॥ ৫৬ ॥

নিংথৌনা অহানবদা অচীকপদা মন্ত্রীশিংবু তোপ্পা তোপ্পা উনহুনা অহুগা অতৈবুসু অম্মুন্না উন্নরগা মাগী মাগী মত লৌহুনা তৌফম থোকপা থবক্তা মশাগী কান্নগদবা য়েংহুনা মুন্না রাখল তৌরগা মহুমক পাঙ্‌থোক্লবা হোৎনগনি ॥ ৫৭ ॥

সন্ধি তৌবা, লানথেংনবা, আসন ( মশাবু কন্নবা হোৎনবা ), নাকপাক তানহনবা অমসুং চঙ্‌জফম থিবা নত্রগা পীবা—হিরম তরুক অসিগী মরমদা মাগী মন্ত্রিশিংগী মরক্তা খ্বায়দগী হেন্না ধর্ম্ম চেনবা, লাইরিক হৈব ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অহুগা নিঙ্‌থিনা রা তান্নবনা নিংথৌগী মথৌনি ॥ ৫৮ ॥

অসিগুম্বা গুণ চেনবা ব্রাহ্মণ মন্ত্রিগী মথুক্তা নিংথৌনা থাজবগা লোয়ননা থবক পুম্নমক শিন্নথোক্কনি অমসুং মাগা লোয়ননা লেপ্প-রগা থবক অতৈ পুম্নমকসু পায়থৎকনি ॥ ৫৯ ॥

অসিদসু নত্তনা—মবুদ্ধি থৌবা, থবক্তা হৈশিংবা, ধর্ম্ম কায়দনা শেল তানবা, মরমচং শেংবা অমসুং ধর্ম্ম কর্ম্ম য়াম্না খঙ্‌বা অসিগুম্বা মন্ত্রী অতৈসু হাপকদবনি ॥ ৬০ ॥

নির্ব্বর্ত্তেতাস্য যাবদ্ভিরিতিকর্ত্তব্যতা নৃভিঃ।
তাবতোঽতন্দ্রিতান্ দক্ষান্ প্রকুর্ব্বীত বিচক্ষণান্॥ ৬১
তেষামর্থে নিযুঞ্জীত শূরান্ দক্ষান্ কুলোদ্গতান্।
শুচীনাকরকর্ম্মান্তে ভীরূনন্তর্নিবেশনে॥ ৬২
দূতঞ্চৈব প্রকুর্ব্বীত সর্ব্বশাস্ত্রবিশারদম্।
ইঙ্গিতাকারচেষ্টজ্ঞং শুচিং দক্ষং কুলোদ্গতম্॥ ৬৩
অনুরক্তঃ শুচির্দক্ষঃ স্মৃতিমান্ দেশকালবিৎ।
বপুষ্মান্ বীতভীর্ব্বাগ্মী দূতো রাজ্ঞঃ প্রশস্যতে॥ ৬৪

---

নিংথৌগী থবক পুননবা হাপফম থোকপা মীশিং অছুদি—তন্দবা, থবকী লম খঙ্বা, হৈ-শিংবা, অমসুং মহৈ-হৈবা মীতাতবু খন্দুনা হাপকদবনি ॥ ৬১ ॥

থবক তৌবশিং অসিগী মরক্তা মপাংগল মথৌনা চাউনা লৈবা, শাগৈ-জাৎ অফবদা পোকপা, হৈ শিংবা অমদি মপূক শেংবা মীওইবুনা খোংদগী থোকপা সনা লুপানচিংবা কারকপা অতুগা ফৌ-চেঙ্নচিংবা খোমজিনবগী থবক্তা হাপকনি, কোম্নুংগী সঙ্গাই মনুংগী থবক শীন্নবা মীনা ধর্ম্মবু কিনা তৌবা মীওই হাপকদবনি ॥ ৬২ ॥

শাস্ত্র পূম্নমক শুনা হৈবা, শাগৈ জাত ফবা, মপূক ফবা, মপূক শেংবা, থবক্তা হৈ-শিংবা মীগী মতৌ মওঙ্ য়েংবদা মপূক খঙ্বা ওস্বা—অসিগুম্বা দূতপু নিংথৌনা হাপ্পা হৌনৈ ॥ ৬৩ ॥

মীনা চানবা, থবকী লম খঙ্বা, মকম মতম খঙ্না চংপা, মপূকশেংবা, মশক ফজবা, অকিবা লৈতবা, রাঙাঙ্ হৈবা, নিঙ্শিংবগী পাংগল য়াম্না লৈবা—অসিগুম্বা রাজদূততি থাগৎনিঙ্গাই মশক্নি ॥ ৬৪ ॥

অমাত্যে দণ্ড আয়ত্তো দণ্ডে বৈনয়িকী ক্রিয়া।
নৃপতৌ কোষরাষ্ট্রে চ দূতে সন্ধিবিপর্য্যয়ৌ ॥ ৬৫
দূত এব হি সন্ধত্তে ভিনত্ত্যেব চ সংহতান্।
দূতস্তৎ কুরুতে কর্ম্ম ভিদ্যন্তে যেন মানবাঃ ॥ ৬৬
স বিদ্যাদস্য কৃত্যেষু নিগূঢ়েঙ্গিতচেষ্টিতৈঃ।
আকারমিঙ্গিতং চেষ্টাং ভৃত্যেষু চ চিকীর্ষিতম্ ॥ ৬৭
বুদ্ধ্বা চ সর্ব্বং তত্ত্বেন পররাজচিকীর্ষিতম্।
তথা প্রযত্নমাতিষ্ঠেদ্যথাত্মানং ন পীড়য়েৎ ॥ ৬৮
জাঙ্গলং শস্যসম্পন্নমার্য্যপ্রায়মনাবিলম্।
রম্যমানতসামন্তং স্বাজীব্যং দেশমাবসেৎ ॥ ৬৯

---

পূক্কে-লনগেগা লৈবাক্কনা নিংথৌগী মথূত্তা, লান্মী মথল ৪গা শাসনগী থবক্কনা সেনাপতিগী মখাদা অতুগা সন্ধি অমদি খাইদোক-খাইজিনগী থবক্কা দূতনা পায়বা হৌনৈ ॥ ৬৫ ॥

দূতশিংতনা, মরূপ ওইনা তিন্নবা নিংথৌ অনিবু খাইদোক্ক-হনবা অতুগা য়েক্কবা নিংথৌশিংবু চান্নহনবা ঙম্মী, মরমদি—দূত হায়বসিতনা অতোপ্পা লৈবাক্তা লৈতুনা লৈবাক অমগা অমগা কায়ন-হনবা অমদি তিন্নহনবগী থবক থোকহনবা ঙম্মী ॥ ৬৬ ॥

য়েক্কবা নিংথৌশিংগী তৌগদৌরিবা থবক্কী মরমদা মথোয়গী মওঙ্-মতৌ অমদি ঈহুন য়েংতুনা করি খন্দুনা তৌরিবনো হায়বন-চিংবা খঙ্দোক্কনি অতুগা শাউরবা, মিহৌগল্লবা, থৌশাবীত্রবা অতুগুম্বা মনাইশিং অদুবু মহাক্না করি তৌগে খল্লিবা অসিনচিংবসু দূত অতনা থোইদোক্না খঙ্বা হৌনৈ ॥ ৬৭ ॥

নিংথৌনা মাগী দূতকী থোঙ দগী য়েক্কবা নিংথৌগী মপূক্নিঙ্ পূম্নমক খঙ্দোক্লগা মশাগী অরাবা থোক্তনবা য়াম্না চেকশিন্না মিং-না শিংনা লৈগনি ॥ ৬৮ ॥

মরল-মথুম অমদি ফৌ-চেঙ্ মরাং কায়বা, ধর্ম্ম চেনবগী মশীং য়াম্বা, অনা-অয়েক লৈতবা, পুক্নিঙ্ হুবা, নিংথৌবু নিঙ্জবা প্রজা

ধন্বদুর্গং মহীদুর্গমব্দুর্গং বার্ক্ষমেব বা।
নৃদুর্গং গিরিদুর্গং বা সমাশ্রিত্য বসেৎ পুরম্ ॥ ৭০
সর্ব্বেণ তু প্রযত্নেন গিরিদুর্গং সমাশ্রয়েৎ।
এষাং হি বাহুগুণ্যেন গিরিদুর্গং বিশিষ্যতে ॥ ৭১
ত্রীণ্যাদ্যান্যাশ্রিতাস্ত্বেষাং মৃগগর্তাশ্রয়াপ্চরাঃ।
ত্রীণ্যুত্তরাণি ক্রমশঃ প্লবঙ্গমনরামরাঃ ॥ ৭২

---

ঙাক্তনা লৈবা, লৌউ-শীংউবা অমদি লল্লোন-ইত্তিক্কী থবক্তা মরাং-কায়বা অতুগা ঈশিংগী চাং হেন্দবা ( অকংবা মফম ), উ-ব্রা-নাপী-শীংবীনা ঈশং শংবা, তুংশিৎ মরাং কায়না শীৎপা অতুগা তুংশাসু মত্তিক চানা ফংবা অতুগুম্বা লমদমদা নিংথৌগী লৈফম শেমগ-দবনি ॥ ৬৯ ॥

মফম অতু ধন্বদুর্গ ( মরুভূমিনা কোয়শিনবা লানবন ), মহীদুর্গ ( চেক্না নত্রগা নূঙ্না শাবা লানবন ), অব্দুর্গ ( ঈশিংনা থনবা থাংগপাৎনা কোয়শিনবা লানবন ), বার্ক্ষদুর্গ ( তিংখং পানবা অচোবা উপাল অমদি উরী-উনানা কূংনা হৌদুনা কোয়না থৎপা লানবন ) নৃদুর্গ ( সেনাপতিনা শগোল শামু মশীং য়াম্না লোয়ননা মায়কৈ মারমক্তা কোয়না থৎপা লানবন ), অমদি গিরিদুর্গ ( চীং-থক্তা খুদোংথীবা মফম য়েংদুনা শেম্বা অরোনবা লানবন )—অসি-গুম্বা লানবন অমদা নিংথৌনা লৈগদবনি ॥ ৭০ ॥

লানবন ৬ অসিগী মহুংদা চীংগী লানবম্না কাথোক-কাশিন্না ব্রাবনচিংবা মগুণ য়াম্না হেনবদগী নিংথৌনা মসিদা লৈবনা খ্বায়দগী হেম্না ফৈ ॥ ৭১ ॥

লানবন ৬ অসিগী মহুংদা অহানবগী অহুম ( হায়বদি ধন্বদুর্গ মহীদুর্গ অমসুং জলদুর্গ ), অসিদা মথংশিংনা শজি-শঙাইনচিংবা শাময়াম, উচিনচিংবা অমদি কুম্ভীরনচিংবা লৈ অতুগা অকোনবা অহুম ( বার্ক্ষদুর্গ, নৃদুর্গ, গিরিদুর্গ ) অসিদনা মথংশিংনা লোকেন-চিংবা, মী অমসুং লাইনচিংবা লৈ ॥ ৭২ ॥

যথা দুর্গাশ্রিতানেতান্ নোপহিংসন্তি শত্রবঃ।
তথারয়ো ন হিংসন্তি নৃপং দুর্গসমাশ্রিতম্ ॥ ৭৩
একঃ শতং যোধয়তি প্রাকারস্থো ধনুর্দ্ধরঃ।
শতং দশসহস্রাণি তস্মাদ্দুর্গং বিধীয়তে ॥ ৭৪
তৎ স্যাদায়ুধসম্পন্নং ধনধান্যেন বাহনৈঃ।
ব্রাহ্মণৈঃ শিল্পিভির্যন্ত্রৈর্যবসেনোদকেন চ ॥ ৭৫
তস্য মধ্যে সুপর্য্যাপ্তং কারয়েদ্ গৃহমাত্মনঃ।
গুপ্তং সর্ব্বর্ত্তুকং শুভ্রং জলবৃক্ষসমন্বিতম্ ॥ ৭৬

---

মশাগী লানবনদা লৈবা শক্তিনচিংববু শাতানবনা থক হাংপা ঙমদবগুম নিংথৌসু লানবন মন্থুংদা লৈরবদি য়েক্লবা নিংথৌনা করিস্ু তৌরবা ঙমদে ॥ ৭৩ ॥

নিংথৌ থৃদিঙ্মক্লা লানবন শেম্নবা হৌনৈ ; মরমদি লানবন্দা লৈবা লাম্মী অমনা য়েক্লবা লাম্মী চামগা অতুগা লানবন্দা লৈবা লাম্মী ১০০ না য়েক্লবা লাম্মী লীশীঙ্ ১০ গা পাতুনা লান শোক্লবা ঙম্মী ॥ ৭৪ ॥

লানবন শাবা লোইরগা মত্তদা—থৃৎসু-খুৎলাই, চানবা মহৈ-মরোং, শগোলনচিংবা তোংননবা ময়াম, শেল-থুম ময়াম, ব্রাহ্মণ, থৃৎশা-হৈবা মীওই ময়াম, খোংনবা যন্ত্র মথল মথল, নাপী ( শজৌক্ল-চিংবা ), অমসুং ঈশিং মরাংকায়না থমহুনা পূম্নমক অসিনা ইথনু থলহনগদবনি ॥ ৭৫ ॥

লানবন অসিগী মহুংদা নিংথৌনা লৈননবা সঙ্গাইদি মথাগী অসুম্না শাগনি মহুদি—নূপীগী লৈফম, থুৎলাই পৈফম (মেগজিঙ্), মৈ হৌফম, অমদি লাইশঙ্—অসি পুম্নমক অসি নিংথৌগী সঙ্গাইগা নক্ল-নক্লনা তোপ্পা তোপ্পা শেমগনি অতুগা মহু থাংগপাৎ অমদি অরাংবা চেকপম্না কোয়শিনগনি, ঋতু পুম্নমক্তা শাংপা লৈ-শূনা লৈতেংহনগনি অমসুং পুথ্রী, কুহানচিংবদা ঈশিং মোক্তনি অতুগা কক-কক্লবা উপাম্বীশিংনা পরেং নাইন্না শাগনি ॥ ৭৬॥

তদধ্যাস্যোদ্বহেদ্ভার্য্যাং সবর্ণাং লক্ষণান্বিতাম্।
কুলে মহতি সম্ভূতাং হৃদ্যাং রূপগুণান্বিতাম্ ॥ ৭৭
পুরোহিতঞ্চ কুর্ব্বীত বৃণুয়াদেব চর্ত্বিজম্।
তেঽস্য গৃহ্যাণি কর্ম্মাণি কুর্য্যুর্বৈতানিকানি চ ॥ ৭৮
যজেত রাজা ক্রতুভির্বিবিধৈরাপ্তদক্ষিণৈঃ।
ধর্ম্মার্থঞ্চৈব বিপ্রেভ্যো দদ্যাদ্ভোগান্ ধনানি চ ॥ ৭৯
সাংবৎসরিকমাপ্তৈশ্চ রাষ্ট্রাদাহারয়েদ্বলিম্।
স্যাচ্চাম্নায়পরো লোকে বর্ত্তেত পিতৃবন্নৃষু ॥ ৮০

---

অসিগুম্বা সঙ্গাইদা লৈরগা নিংথৌনা নিঙ্থিবা লক্ষণনা তিনবী, বর্ণ তিন্নবী, অচৌবা শাগৈদা পোকপী, পুক্নিঙ্ হুবী অমদি নিঙ্থিবা গুণ চেনবী শকহেনবী নূপী লুহোঙ্হনা লৌগনি ॥ ৭৭ ॥

মীবু থামাইবা ( বশীকরণ ) নচিংবা অথর্ব্ব বেদনা তাক্কপা থবক তৌননবগীদমক শাগৈগী পুরোহিত, অমদি যজ্ঞনচিংবা থবক্কী-দমক্তনা ঋত্বিক্ ( মতম নাইনা যজ্ঞ তৌবা ব্রাহ্মণ পুরোহিত ) পু নিংথৌনা বরিহ্না হাপকদবনি। পুরোহিতশিং অসিনা বেদনা হায়বা নিংথৌগী তৌবা হৌনবা ধর্ম্মগী থবক পুন্নমক অমসুং দক্ষি-ণাগ্নি, আহবনীয় অগ্নি অমসুং গার্হপত্য-অগ্নিনচিংবা তৌফম-থোকপা পুন্নমক তৌবীগনি ॥ ৭৮ ॥

মথংদা, মপূং ওইনা দক্ষিণা লোয়নবা অশ্বমেধনচিংবা যজ্ঞ মথল মথল তৌগনি অমসুং ধর্ম্মগীদমক্তা ব্রাহ্মণশিংবু শয্যানচিংবা অয়াম্বা পোৎ, সনা অমদি ফিরোম্নচিংবা দান তৌবা অসিনচিংবসু নিংথৌগী থবকনি ॥ ৭৯ ॥

নিংথৌনা, শাস্ত্রনা হায়বা মতুংইন্না খাজবা থবক তৌবশিংবু চহিগী ওইনা প্রজাদগী খাজনা খোমগৎহনগনি অমসুং মথাদা লৈবা প্রজাশিংবু মপা শক্না লুনা তৌবীগনি ॥ ৮০ ॥

অধ্যক্ষান্ বিবিধান্ কুর্য্যাৎ তত্র তত্র বিপশ্চিতঃ।
তেঽস্য সর্ব্বাণ্যবেক্ষেরন্ নৃণাং কার্য্যাণি কুর্ব্বতাম্ ॥ ৮১
আবৃত্তানাং গুরুকুলাদ্বিপ্রাণাং পূজকো ভবেৎ।
নৃপাণামক্ষয়ো হ্যেষ নিধির্ব্রাহ্মোঽভিধীয়তে ॥ ৮২
ন তং স্তেনা ন চামিত্রা হরন্তি ন চ নশ্যতি।
তস্মাদ্রাজ্ঞা নিধাতব্যো ব্রাহ্মণেষ্বক্ষয়ো নিধিঃ ॥ ৮৩
নস্কন্দতে ন ব্যথতে ন বিনশ্যতি কর্হিচিৎ।
বরিষ্ঠমগ্নিহোত্রেভ্যো ব্রাহ্মণস্য মুখে হুতম্ ॥ ৮৪

---

নিংথৌগী থবক পাঙ্থোক্নবগীদমক্তা তোঙান তোঙানবা মফমদা তোপ্পা তোপ্পা হাপ্তুনা থমলিবা ফম্নাইবশিং অদুগী থবক-থনাশিং অদু য়েংশিন্নবগীদমক বুদ্ধি লৈবা অশিংবা অমদি থবক্তা হৈ-শিংবা অহৈবা, পণ্ডিত ওইবা মীওইশিংবু হাপতুনা থমগ-দবনি ॥ ৮১ ॥

হৌনবী মতুংইন্না নগুণ থাংলগা বেদ তম্নবগীদমক গুরুগী নাক্তা লৈরুছুনা মহৈতম্বা লোইরগা হল্লক্লুনা য়ুম্বানবগী থবক চথরবা মীশিং অদুবু নিংথৌনা ফৌ-চেঙ্ অমদি শেলথুম পীতুনা লুনা তৌগদবনি। মরমদি অসিগুম্বা পাত্রদা শিন্নখিবা লন-থুমনচিংবা অদুদি শাস্ত্রনা মাঙ্বা লৈত্রবা লন ওইনা শীঙ্থানৈ ॥ ৮২ ॥

অতোপ অতোপ্পা লেঙ্লরোইদবা লনগুম্না ব্রাহ্মণদা কংথ্রবা শেন-থুম—ফৌ-চেঙ্গী মশক ওইরবা অমাঙ্-অতা লৈত্রবা লন অসিদি থক মাঙ্বা-তাক্পা নাইদে, য়েক্নবনা মুনবা অমদি হুরানবনা ছুথিবা থক ঙমদে। মরম অসিনা নিংথৌতবু ওইরবদি ব্রাহ্মণদা অসিগুম্বা লন অসি দান তৌগদবনি ॥ ৮৩ ॥

মৈদা হোম তৌবদগীদি ব্রাহ্মণগী মচীন্দা আহুতি তৌবা হায়বদি ব্রাহ্মণগী মথুত্তা পীবগী ফলনা য়াম্না হেল্লি। মরমদি মদু কৈদৌঙৈদসু মহী চেঙ্খোকখিদে, কংথিবসু লৈতে নত্রগা মাঙ্বা-তাকপা নাইদে ॥ ৮৪ ॥

সমমব্রাহ্মণে দানং দ্বিগুণং ব্রাহ্মণব্রুবে।
প্রাধীতে শতসাহস্রমনন্তং বেদপারগে॥ ৮৫
পাত্রস্য হি বিশেষেণ শ্রদ্দধানতয়ৈব চ।
অল্পং বা বহু বা প্রেত্য দানস্যাবাপ্যতে ফলম্॥ ৮৬
সমোত্তমাধমৈ রাজা ত্বাহূতঃ পালয়ন্ প্রজাঃ।
ন নিবর্ত্তেত সংগ্রামাৎ ক্ষাত্রং ধর্ম্মমনুস্মরন্॥ ৮৭
সংগ্রামেষ্বনিবর্ত্তিত্বং প্রজানাঞ্চৈব পালনম্।
শুশ্রূষা ব্রাহ্মণানাঞ্চ রাজ্ঞাং শ্রেয়স্করং পরম্॥ ৮৮

---

ব্রাহ্মণ নত্তবা অতোপ্পা কনাগুম্বদা ( ক্ষেত্রিনচিংবদা ) তৌবা দানদি মান্নবা ফল ফংই হায়বদি শাস্ত্রনা হায়বিবা পোৎ অহু দান —তৌবগী মহৈহু ফংই অত্নগা লাইষ্রিক হৈতবা, করিগুম্বা শাস্ত্রনা হায়বা লাই-তীনগী থবক অমত্তসু তৌদবা অত্নগুম্বা ব্রাহ্মণদা দান তৌরগনা ফল লক্ষ অমা হেন্না ফংই, অত্নগা বেদাঙ্গ লোয়ননা বেদ শুনা হৈরবা ব্রাহ্মণদা তৌবা দান অহুনা মপাল নাইদবা ফল ফংই॥ ৮৫॥

দান তৌবিবা পোৎ অহুনা য়াম্লবসু য়ামদ্রবসু মহৈহৈবা হৈতবা, তপ তৌবা-তৌদবা অমদি লৌবুক্লচিংবদগী ফৌনচিংবা থুন্দুনা, মন্দুনা চাবা অসিনচিংবা বৃত্তি খেন্নবনা পাত্রগী অথোই-অহেন নাইবা মতুংইন্না থাজবগী চাংসু খেন্নরকপনা দানগী ফলসু খেন্নরকই॥ ৮৬॥

প্রজাবু য়োকলিবা নিংথৌনা মপাংগল মান্নববু ওইরবসু, হেনগৎখিববু ওইরবসু নত্রগা মওোন্দগী হেন্না শোনবা ওইরবসু অতোপ্পা নিংথৌ অমনা লান শীংনরক্লবদি 'লানদি ক্ষেত্রি মচাগী অথোইবা থবকনি' হায়না খন্দুনা কৈদৌঙৈদসু লান্দগী হঙ্গানরোই-দবনি॥ ৮৭॥

লান্দা মায়ওন্দবা, প্রজাশিংবু য়োকপিবা অমসুং ব্রাহ্মণশিংগী

আহবেষু মিথোঽন্যোন্যং জিঘাংসন্তো মহীক্ষিতঃ।
যুধ্যমানাঃ পরং শক্ত্যা স্বর্গং যান্ত্যপরাঙ্মুখাঃ ॥ ৮৯
ন কূটৈরায়ুধৈর্হন্যাদ্ যুধ্যমানো রণে রিপূন্ ।
ন কর্ণিভির্নাপি দিগ্ধৈর্নাগ্নিজ্বলিততেজনৈঃ ॥ ৯০
ন চ হন্যাৎ স্থলারূঢ়ং ন ক্লীবং ন কৃতাঞ্জলিম্।
ন মুক্তকেশং নাসীনং ন তবাস্মীতিবাদিনম্ ॥ ৯১
ন সুপ্তং ন বিসন্নাহং ন নগ্নং ন নিরায়ুধম্ ।
নাযুধ্যমানং পশ্যন্তং ন পরেণ সমাগতম্ ॥ ৯২

---

সেবা তৌবা—অসিগুম্বা ধর্ম্মশিং অসিনা নিংথৌশিংগীদি থ্বায়দগী হেন্না য়াইফনবা মশক্কি ॥ ৮৮ ॥

লান্দা মায় ওন্নদনা অমনা অমবু উশীৎনদনা মহৈ মহৈ হাৎ-নগে থন্দুনা লানথেংনবদা নিপা থোক্লা শিখিবা নিংথৌ অহুদি লেপ্পমক স্বর্গ ফংই ॥ ৮৯ ॥

অমগা অমগা লান্থেংনবা মতমদা নিংথৌশিংনা কূটাস্ত্র ( উন-চিংবগী মহুংদা লোন্না ফুম্বা খূৎলাই ), কর্ণিক ( ককথৎ- য়াম্থৎনবা খূৎলাই অমা ), কৌবা খূৎলাইনা মখোক চনবা তেননা অমদি মৈ থোকপা খূৎলাইনা থাহুনা য়েক্লববু মাঙ্নবা তৌরোইদবনি ॥ ৯০ ॥

মশানদি দোলাই তোংলগা দোলাই য়াওদনা লৈমায়দা লেপ্তুনা লৈবা য়েক্লববু হাৎফদে, নুপী নিপা মশক খঙদববুসু হাৎহৈদে, মথল্লায থাবা কিহুনা মখূৎ লোম্নরবা য়েক্লববু হাৎফদে, মশম থায়হুনা চেনথ্রববু হাৎহৈদে, লান তৌরম্বা তোক্তুনা আসনদা ফমহুনা লৈখ্রবা অমদি 'ঐ অসি নঙ্গী ওইরবনি' হায়হুনা মশা কথোক্লবা অহুগুম্বা য়েক্লববু কৈদৌহুংদসু হাৎফদে ॥ ৯১ ॥

তূমলিবা, লান তোক্লবা, ফি শেল্লবা, খূৎলাই পায়দবা, অচেনবা, চুম্নগী লান য়েংজরবা, অমদি অতোপ্পা অমগা লান পান্নিবা —অসিগুম্বা মীওইদি লান্নী অমনা থক হাৎহৈদে ॥ ৯২ ॥

নান্যৎ ব্যসনপ্রাপ্তং নার্ত্তং নাতিপরীক্ষতম্।
ন ভীতং ন পরাবৃত্তং সতাং ধর্ম্মমনুস্মরন্ ॥ ৯৩
যস্তু ভীতঃ পরাবৃত্তঃ সংগ্রামে হন্যতে পরৈঃ।
ভর্ত্তুর্যদ্দুষ্কৃতং কিঞ্চিৎ তৎ সর্ব্বং প্রতিপদ্যতে ॥ ৯৪
যচ্চাস্য সুকৃতং কিঞ্চিদমুত্রার্থমুপার্জ্জিতম্।
ভর্ত্তা তৎ সর্ব্বমাদত্তে পরাবৃত্তহতস্য তু ॥ ৯৫
রথাশ্বং হস্তিনং ছত্রং ধনং ধান্যং পশূন্ স্ত্রিয়ঃ।
সর্ব্বদ্রব্যাণি কুপ্যঞ্চ যো যজ্জয়তি তস্য তৎ ॥ ৯৬
রাজ্ঞশ্চ দদ্যুরুদ্ধারমিত্যেষা বৈদিকী শ্রুতিঃ।
রাজ্ঞা চ সর্ব্বযোধেভ্যো দাতব্যমপৃথগ্জিতম্ ॥ ৯৭

---

খুৎলাই তেকখ্রবা, মচা শিবগী রারবা, য়েক্রবগী তেন্না থাবদা চৈনা ফংলবা, লান তৌবা কিরবা অমসুং মমায় ওল্লবা—মখোয় অসিবু মিহুৎশি খঙ্বা নিংথৌনা খক হাৎহৈদে ॥ ৯৩ ॥

লান্দা কিরবা অমদি লানফমদগী মমায় লৈহুনা চেনগে তৌরবা লান্মীবু য়েক্রবনা হাৎখ্রবদি মাগী মবুংঙোনা তৌবা পাপ পুম্নমক অহু মহাক্না ফংই ॥ ৯৪ ॥

লানফমদগী চেল্লগা যেক্রবনা হাৎখ্রবদি শিরগা মহাক্না ফংলু-গদবা পুণ্যগী ফল পুম্নমক অহু মাগী মবুংঙোনা লোইনা ফংখি ॥৯৫॥

লান জয় ওইবা মীনা শগোল, শামু, রথ-দোলাই, ছত্র, লন-থুম, ফৌ-চেঙ্, নুপী, যণনচিংবা শা, সনা অমদি লুপাদি নত্তবা খোংদগী থোকপা কোরীনচিংবা ধাতু অমদি ঘি-নচিংবা পোৎ-চৈ—পুম্নমক অসিদি মানা মানা ফংজরুবা পোৎ অহু মাগী মাগী অহুম্মক ওইজগনি ॥ ৯৬ ॥

লান জয় ওইহুনা মী অহুনা ফংলক্লিবশিং অহুগী মরক্তা শগোল শামুনচিংবা শা-লানদা কান্নগদবা পোৎ অহুগা সনা-লুপানচিংবা অথোইবা লন-থুম পুম্নমক্তি নিংথৌদা কৎশিনগদবনি অমসুং নিংথৌ-

এষোঽনুপস্কৃতঃ প্রোক্তো যোধধর্ম্মঃ সনাতনঃ।
তস্মাদ্ধর্ম্মান্ন চ্যবেত ক্ষত্রিয়ো ঘ্নন্ রণে রিপূন্॥ ৯৮
অলব্ধঞ্চৈব লিপ্সেত লব্ধং রক্ষেৎ প্রযত্নতঃ।
রক্ষিতং বর্দ্ধয়েচ্চৈব বৃদ্ধং পাত্রেষু নিক্ষিপেৎ॥ ৯৯
এতচ্চতুর্ব্বিধং বিদ্যাৎ পুরুষার্থ প্রয়োজনম্।
অস্য নিত্যমনুষ্ঠানং সম্যক্ কুর্য্যাদতন্দ্রিতঃ॥ ১০০
অলব্ধমিচ্ছেদ্দণ্ডেন লব্ধং রক্ষেদবেক্ষয়া।
রক্ষিতং বর্দ্ধয়েদ্বৃদ্ধ্যা বৃদ্ধং দানেন নিক্ষিপেৎ॥ ১০১

---

নস্থ ফংলক্লিবা পোৎশিং অদুবু পুল্লপ পুনশিল্লগা মতিক মতিকচাবা য়েংহুনা লাম্মীশিংদা য়েম্থোক্তুনা পীবিগনি॥ ৯৭॥

মসিনা লাম্মীশিংগী নিন্দা তৌনফম লৈত্রবা সনাতন ধর্ম্মনি। ক্ষেত্রি নিংথৌ নত্রগা নিংথৌগুম্বা মীওই অমত্তুনস্থ মসি তৌদনা তোকলোইদবনি॥ ৯৮॥

লৌশিন্দ্রিবা লৈবাক নত্রগা মণিমুক্তানচিংবা ফংনবা হোৎনবা, খুতুম চল্লবা পোৎপুনা চেকশিন্না ঙাকপা, নিঙ্থিনা ঙাকপা-শেনবা তৌরবশিং অদুবুনা অমুক্ক হেন্না চাওখৎনবা হোৎনবা অতুগা চাওখৎ-লক্লবা লন-থুম অদুবুনা মতিক চাবদা অমুক দান তৌথোকপা—মওঙ্ অসিনা নিংথৌগী মথৌনি॥ ৯৯॥

সংসার অসিদা মীওইবনা তৌগদবা থবক্তি মথক্তা হায়রিবা মখল মরি অসিতনি হায়বদি মসিগী মপান্না স্বর্গনচিংবগী ফুংঙাইবা ফংননবা মরমনি হায়বসি খঙ্হুনা নিংথৌশিংনা অতনবা লৈতনা মসি পাঙ্থোক্লবা তৌগদবনি॥ ১০০॥

শগোল শামু অমদি খোঙ্মী লাম্মীগী মশক ওইবা দণ্ডনা অনৌবা লৈবাক জয় তৌশিনগে হায়বসি নিংথৌনা খনগদবনি, চেকশিন্না মিৎয়েং চঙ্হুনা ফংলকলিবা মল্লল পুন্নমক নিঙ্থিনা ঙাক্কদবনি, ঙাক্লবশিং অদুবু লৌ-উ-শীংউহুনা অমদি লল্লোন-ইন্তিক্তুনা চাওখৎহনগদবনি অহুগা চাওখৎলবা শরুকশিং অহুনা

নিত্যমুদ্যতদণ্ডঃ স্যান্নিত্যং বিবৃতপৌরুষঃ।
নিত্যং সংবৃতসংবার্য্যো নিত্যং ছিদ্রানুসার্য্যরেঃ॥ ১০২
নিত্যমুদ্যতদণ্ডস্য কৃৎস্নমুদ্বিজতে জগৎ।
তস্মাৎ সর্ব্বাণি ভূতানি দণ্ডেনৈব প্রসাধয়েৎ॥ ১০৩
অমায়য়ৈব বর্ত্তেত ন কথঞ্চন মায়য়া।
বুধ্যেতারিপ্রযুক্তাঞ্চ মায়াং নিত্যং স্বসংবৃতঃ॥ ১০৪
নাস্যচ্ছিদ্রং পরো বিদ্যাৎ বিদ্যাচ্ছিদ্রং পরস্য তু।
গূহেৎ কূর্ম্ম ইবাঙ্গানি রক্ষেদ্‌বিবরমাত্মনঃ॥ ১০৫

---

হৌনবী মতুংইন্না মতিক মতিক চাবা য়েংহ্না পীথোক-য়েন্থোক-দবনি ॥ ১০১ ॥

লান্মীশিংবু মতম পুম্বদা তমহন-খোংহনবা, মতম পুন্নমক্তা নিপা থোকপা থৌনা উৎপা, অরুবা রা তান্নবা, অরোনবা পাউ লোনবা মীওই থাদোক্তূনা থম্বা ( গুপ্তচর ), মতম পুন্নমক্তা য়েক্লবগী অহোবা য়েংবা অসিনচিংবসি নিংথৌগী মথৌনি ॥ ১০২ ॥

লান্মী মখল মরিবু হুমিৎ খূদিঙ্গী নিঙ্থিনা তম্বীহ্নতা লৈবা অহ্নগা খূদক্তা হেক্তমক লান তৌবা ঙম্বগী পাংগল লৈবা অহ্নগুম্বা নিংথৌ অহ্নদি জগৎপুম্বনা মাবু কিনদবা লৈতে; মরম অহ্না নিংথৌদি মাগী দণ্ড ( চৈরাকতনা ) থরায় পানবশিংবু খুহ্নম চনগ-দবনি ॥ ১০৩ ॥

নিংথৌনা মশাগী ফম্নাই-ফানাইবশিংগা মতম পুন্নমক্তা লৌথুপ লৌকোই লৈতনা লোয়নবীগনি—অহ্ন নত্রবদি মহাকপু পুন্নমক্কা থাজনরক্লোই, অহ্নগা মশাগী মীচঙ্ চেকশিন্না ঙাক্কনি অমসুং য়েক্লবনা ফায়ননবা ( তোঙান তাননবা ) শীল্লকপনচিংবা অপুম্বা অরোনবা পাউ পীবা মীদগী থঙ্ননবা হোৎনগনি ॥ ১০৪ ॥

নিংথৌনা মাগী অশোনবা, অহোবা পুন্নমক মীনা খঙ্খিদনবা হোৎনগনি অহ্নগা মীগীনা খঙ্নবা লোন্না হোৎনগনি। কেংগুনা মকোক্তা মখোঙ্গা লোম্ভ্না লৈবগুম নিংথৌনা লৈবাক্কী

বকবচ্চিন্তয়েদর্থান্ সিংহবচ্চ পরাক্রমেৎ।
বৃকবচ্চাবলুম্পেত শশবচ্চ বিনিষ্পতেৎ ॥ ৪০৬
এবং বিজয়মানস্য যেহস্য স্যুঃ পরিপন্থিনঃ।
তানানয়েদ্‌বশং সর্ব্বান্ সামাদিভিরুপক্রমৈঃ ॥ ১০৭
যদি তে তু ন তিষ্ঠেয়ুরুপায়ৈঃ প্রথমৈস্ত্রিভিঃ।
দণ্ডেনৈব প্রসহ্যৈতাঞ্ছনকৈর্ব্বশমানয়েৎ ॥ ১০৮
সামাদীনামুপায়ানাং চতুর্ণামপি পণ্ডিতাঃ।
সামদণ্ডৌ প্রশংসন্তি নিত্যং রাষ্ট্রাভিবৃদ্ধয়ে ॥ ১০৯

---

অঙম-অথৌনচিংবা মথোঙ্-মথুং ওইরিবা পূম্নমকপু শেল-থুম পীছনা, ইকাইখুম্নবা উত্তূনা মথূত্তা থমগনি অহূগা করিগুম্বা অমগা অমগা নাকপাক তানরকপা য়াওরবদি থূদক্তা মহু মুৎননবা তৌহৌ-গনি ॥ ১০৫ ॥

নিংথৌনা উরোক্লুম শেলগী য়াথল তৌগনি, নোংশাগুম থৌনা য়েক্লবা পাগনি, কৈগুম্না য়েক্লবদা ফূজিনগনি ( শিকার তৌগনি ) অমসুং মশাগী মপাংগল য়াৎলবদি থেবগী শাজৎ লৌহ্না চেন্নবা হোৎনগনি ॥ ১০৬ ॥

অসুম তৌনা জয় ওইবা তাল্লকপা নিংথৌগী মায়োক্তা লেপ্লব-শিং অদূবু সাম, দান, ভেদ, দণ্ড (সন্ধি তৌনবা, পীথোকপা, য়েক্লববু মচোই-মচোই তানবা মথোয় মশেল তিন্নবা য়াদনবা শীনবা, লাক-শিন্নবা হোৎনবা লান তৌবনচিংবা ) হায়বা উপায় মথল মরি অসি শীজিন্নহ্না মথোয় অদূবু লাকশিন্নবা হোৎনগনি ॥ ১০৭ ॥

সাম, দান, ভেদ—অহুম অসিনা ফাজিনবা য়াত্রবা য়েক্লবশিং অহূদি নিংথৌগী মপাংগলনা নত্রগা লান্নচিংবা তৌনহ্না মথং মথং মথোয়বু লাকশিন্নবা তৌগনি ॥ ১০৮ ॥

সাম, দান, ভেদ, দণ্ড—উপায় মরি অসিগী মরক্তা সাম (সন্ধি) মপৈবসিনা পাংথল য়াদে, লেন তিংদে অমদি থোক্ত নী-নাশী নক্তে

যথোদ্ধরতি নির্দাতা কক্ষং ধান্যঞ্চ রক্ষতি।
তথা রক্ষেন্ নৃপো রাষ্ট্রং হন্যাচ্চ পরিপন্থিনঃ। ১১০
মোহাদ্রাজা স্বরাষ্ট্রং যঃ কর্ষয়ত্যনবেক্ষয়া।
সোঽচিরাদ্‌ভ্রশ্যতে রাজ্যাজ্জীবিতাচ্চ সবান্ধবঃ॥ ১১১
শরীরকর্ষণাৎ প্রাণাঃ ক্ষীয়ন্তে প্রাণিনাং যথা।
তথা রাজ্ঞামপি প্রাণাঃ ক্ষীয়ন্তে রাষ্ট্রকর্ষণাৎ॥ ১১২
রাষ্ট্রস্য সংগ্রহে নিত্যং বিধানমিদমাচরেৎ।
সুসংগৃহীতরাষ্ট্রো হি পার্থিবঃ সুখ মেধতে॥ ১১৩
দ্বয়োস্ত্রয়াণাং পঞ্চানাং মধ্যে গুল্মমধিষ্ঠিতম্।
তথা গ্রামশতানাঞ্চ কুর্য্যাদ্রাষ্ট্রস্য সংগ্রহম্॥ ১১৪

---

তাদে অতুগা পূন্নমক অসিদগীসু থবক মহৈ য়ানবদি 'দণ্ড' না হেল্লি হায়না পণ্ডিতশিংনা হায়নৈ ॥ ১০৯ ॥

লৌউবা মীনা লৌরক্তগী নাপী-শীংবী হাবেংহ্না লৌথোক্লগা ফৌ-পাম্বী কন্নবগীদমক লংথোকপগুম নিংথৌনা পোকমিন্নবা মনাউমকসু ক্ষংলক্ত্রবদি ঈংনা পান্নবগীদমক মাঙ হনগদবনি ॥১১০॥

বুদ্ধি লৈতবদগী লৈবাক্কী প্রজাবু য়াম্না থীনা ওৎপা-নৈবা তৌবা নিংথৌ অতুদি প্রকৃতিনা শাউবদগী ( লৈবাক্কা শাউবদগী ) থুনমক মফম তাহ্না মতূ-মচানচিংবগা লোয়ননা ভুম্না মাঙ্‌ই ॥১১১॥

চাবা ফংদ্রগা য়াঙ্‌ কংশিন্দুনা থরায় থাবগুম লৈবাকপু ওৎপা নৈবা তৌরবা নিংথৌদি লৈবাক অতুগী লেঙ্‌লি-পাল্লিবা অতুগী অশাউবা মৈরীনা চাকথেক্তূনা মথরায় মাঙ্‌ই ॥ ১১২ ॥

লৈবাক রায়েন চুন্নবদি সুংঙাই-য়াইফ পুন্নমকসু মথং মথং ফংলকপনা লৈবাক ঙাক্লবগীদমক নিংথৌনা মথাগী মরন্নশিং অসিদা মিৎয়েং থম্মগনি ॥ ১১৩ ॥

লৈবাক নিঙ্‌থিনা ঙাকপা য়ানবগীদমক নিংথৌনা অসুম অসুম হেনগৎপা মগুঙ্‌দা থুল অনি, অহুম, মঙা নত্রগা থুল

গ্রামস্যাধিপতিং কুর্য্যাদ্দশগ্রামপতিং তথা।
বিংশতীশং শতেশঞ্চ সহস্রপতিমেব চ ॥ ১১৫
গ্রামে দোষান্ সমুৎপন্নান্ গ্রামিকঃ শনকৈঃ স্বয়ম্।
শংসেদ্ গ্রামদশেশায় দশেশো বিংশতীশিনে ॥ ১১৬
বিংশতীশস্তু তৎ সর্ব্বং শতেশায় নিবেদয়েৎ।
শংসেদ্‌গ্রামশতেশস্তু সহস্রপতয়ে স্বয়ম্ ॥ ১১৭
যানি রাজপ্রদেয়ানি প্রত্যহং গ্রামবাসিভিঃ।
অন্নপানেন্ধনাদীনি গ্রামিকস্তান্যবাপ্নুয়াৎ ॥ ১১৮

---

১০০। ১০০ গী ওইনা লুচিংবা অমমম কোম্নবা লান্মী কাঙ্‌বু অমমম থমহুনা গুল্ম ( লান্মী লৈফম ) শেমগনি ॥ ১১৪ ॥

অহানবদা খুল খুদিঙ্‌গী ওইনা মকোক ওইবা ( খুল্লাকপা ) অমমম হাপকনি। মথং মথংদনা হেন্না হেন্না মপাংগল মথৌনা লৈবা মীওই য়েংহনা খুন তরা তরাগী লুচিংবা অমমম, কুন কুনগী ওইনা অমমম, চাম চামগী ওইনা অমমম অহুগা লীশীং অমমমগী ওইনা লুচিংবা অমমম অমুক হাপকনি ॥ ১১৫ ॥

খুল মমুংদা হুরান-চীন্থীনচিংবা থোক্লবদি অহুগা খুনগী লুচিংবা অহুনা মহু কোক্লবা তৌবসু ভমত্রবদি খুন ১০ গী লুচিংবা অহুদা তাক্কনি। মহাক্নসু ভমত্রগা মথংগী খুন ২০ গী মপু অহুদা তাক্কনি ॥ ১১৬ ॥

অশুম্না খুন ২০ গী মপুনা চামগী মপুদা, ১০০গী মপুনা লীশীংগী মপুদা তাক্কনি ॥ ১১৭ ॥

খুনগী মীনা হুমিং খুদিঙ্‌গী নিংথৌদা পীকম থোকপা চানথক্লবা পোৎ অমমুং পীনেচিংবা অহু খুন অহুগী লুচিংবা অহুনা ফংগনি ॥ ১১৮ ॥

দশী কুলন্তু ভুঞ্জীত বিংশী পঞ্চকুলানি চ।
গ্রামং গ্রামশতাধ্যক্ষঃ সহস্রাধিপতিঃ পুরম্॥ ১১৯
তেষাং গ্রাম্যাণি কার্য্যাণি পৃথক্কার্য্যাণি চৈব হি।
রাজ্ঞোঽন্যঃ সচিবঃ স্নিগ্ধস্তানি পশ্যেদতন্দ্রিতঃ॥ ১২০
নগরে নগরে চৈকং কুর্য্যাৎ সর্ব্বার্থচিন্তকম্।
উচ্চৈঃ স্থানং ঘোররূপং নক্ষত্রাণামিব গ্রহম্॥ ১২১
স তাননুপরিক্রামেৎ সর্ব্বানেব সদা স্বয়ম্।
তেষাং বৃত্তং পরিণয়েৎ সম্যগ্রাষ্ট্রেষু তচ্চরৈঃ॥ ১২২

---

* লাঙ্গোল অনিনা ( যণ ৬না ) খোইবা ওস্বা লমমথৈ খুল ১০ গী মপুনা মাগী হিংননবগীদমক ফংগনি অদুগা খুন্দু ২০গী মপুনা মতুগী শরূক মঙা হেন্না ফংগনি, অমসুং খুন ১০০গী মপুনা খুন অমা অদুগা লীশীঙ্গী মপুনা সহর অমা পুল্লপ ফংগনি॥ ১১৯॥

নিংথৌনা হাপ্পা, কান্ননবতা তৌবা মন্ত্রী অমনা অতনবা লৈতনা লুচিংবশিং অসিগী খুন খুনগী থবক-থনা অমসুং অতোপ অতোপ্পা হিবম্ পূম্নমকসু য়েংশিনগনি॥ ১২০॥

থন্নান্মীচাকশিংগী মরক্তা ভৃগু ( শুক্র গ্রহ ) নচিংবা গ্রহনা ঈরং লংবা অমদি অকিবা ফংবা অদুগুম্না নিংথৌনা সহর খুদিঙ্গ-মক্কী থবক-থনা য়েংশিন্নবগীগমক সহর অদুগী অচৌবা শাগৈদা পোকপা ছিরম খুদিঙ্মক য়েংশিনবা ওস্বা মতিক মঙাল চাউবা লুচিংবা মী অমা হাপকদবনি॥ ১২১॥

অসিগুম্বা সহর ঙাকপা মকোক অসিনা হান্না হাপ্পুনা লৈশ্রবা খুনগী লুচিংবশিংগী থবক-থনা অদু য়েংশিন্নবগীদমক খোঙ্মী লাম্মী লোয়ননা মখোয়গী মনাক্তা চৎকনি অদুগা অরোনবা পাউ লৌবা

---

* লাঙ্গোল অনিদা যণ ৬না খোইবগী তাবতি—অকংবা লমদমি লাঙ্গোল অমদা যণ অহুম্না খোইবা চৎনৈ নত্রগা যণ কোড়া অমদি অশোয়বা চাকপা লেমা অদুদুক থবদু যাওই।

রাজ্ঞো হি রক্ষাধিকৃতাঃ পরস্বাদায়িনঃ শঠাঃ।
ভৃত্যা ভবন্তি প্রায়েণ তেভ্যো রক্ষেদিমাঃ প্রজাঃ॥ ১২৩
যে কার্য্যিকেভ্যোঽর্থমেব গৃহ্নীয়ুঃ পাপচেতসঃ।
তেষাং সর্ব্বস্বমাদায় রাজা কুর্য্যাৎ প্রবাসনম্॥ ১২৪
রাজকর্ম্মসু যুক্তানাং স্ত্রীণাং প্রেষ্যজনস্য চ।
প্রত্যহং কল্পয়েদ্বৃত্তিং স্থানকর্ম্মানুরূপতঃ॥ ১২৫
পণো দেয়োঽবকৃষ্টস্য ষড়ুৎকৃষ্টস্য বেতনম্।
ষাণ্মাসিকস্তথাচ্ছাদো ধান্যদ্রোণস্তু মাসিকঃ॥ ১২৬

---

মীওইশিং ( গুপ্তচর ) দগী মখোয়গী থৌরম পুম্নমক লোন্না খঙ-দোক্কনি ॥ ১২২ ॥

মরমদি—প্রজাবু ঙাক্লনবা হাপ্পা নিংথৌ-মনাইশিংনা মীগী মপোৎ চুবা, নমথাক তৌবনা অয়াম্বা ওইগনবনা মখোয়না ওৎপা-নৈবদগী প্রজাবু কন্ননবা হোৎনবিবনা নিংথৌগী মথৌনি ॥ ১২৩ ॥

অসুন্না প্রজাবু ঙাক্লনবা হাপ্পিবা পাপচেনবা নিংথৌ-মনাইশিং অচুনা অপাম্বনা হেন্দুনা তাৎ-পাৎ তৌবা রাহৈনা রাথোক্লরিবা ( রাপা=বাদী-বিবাদী ) মী অনিমক্তগী শেঙা-থুমজা তৌরম্নবদি নিংথৌনা মাগী মরল পুম্নমক মৎলগা লৈবাক অতুদগী তাম্থোকখি-গদবনি ॥ ১২৪ ॥

লৈবাক-নিংথৌগী থবক তৌননবা হাপ্পিবা নিপা নত্রগা নুপী পুম্নমক মাগী মাগী অচৌ-অপীক নাইবা মফমশিংগী মতুংইন্না মখোয়গী অচারম ( বৃত্তি ) লেপ্পিগদবনি ॥ ১২৫ ॥

ইমুং রাইরম শীৎপা-শেংবা তৌবা অমদি ঈশিং হোনবা অতোনবা মীনাই নিপা-নুপীশিংগী নোংমগী তলব পণ অমা ( খুজিং ২০=লিকোল অমা ) পীগনি, অতুগা থা ৬। ৬ কী মতুংদা ফি অনি অনিগা পীগনি অমসুং থা খুদিঙ্গী চেং দ্রোণ অমমম ( মন অনিরোম ) পীগনি। মীনাই মকোক্লা মসিগী শরুক ৬ ওইগনি। ময়াম ওইবা মীনাইনা তুজিং খুদিঙগী পণ অহুম, থাগী ওইনা

ক্রয়বিক্রয়মধ্বানং ভক্তঞ্চ সপরিব্যয়ম্ ।
যোগক্ষেমঞ্চ সম্প্রেক্ষ্য বণিজো দাপয়েৎ করান্ ॥ ১২৭
যথা ফলেন যুজ্যেত রাজা কর্ত্তা চ কর্ম্মণাম্ ।
তথাবেক্ষ্য নৃপো রাষ্ট্রে কল্পয়েৎ সততং করান্ ॥ ১২৮
যথাল্পাল্পমদন্ত্যাদ্যং বার্য্যোকোবৎসষট্‌পদাঃ ।
তথাল্পাল্পো গ্রহীতব্যো রাষ্ট্রাদ্রাজ্ঞাব্দিকঃ করঃ ॥ ১২৯
পঞ্চাশদ্ভাগ আদেয়ো রাজ্ঞা পশুহিরণ্যয়োঃ ।
ধান্যানামষ্টমো ভাগঃ ষষ্ঠো দ্বাদশ এব বা ॥ ১৩০

---

কৌ দ্রোণ অহুম অমস্তুং থা ৬। ৬ তা ফি ৬। ৬ ফংগনি। (খূৎলাক ৮ না কুঞ্চি ১, কুঞ্চি ৮ না পুষ্কল ১, পুষ্কল ৪না আঢক ১, আঢক ৪না দ্রোণ অমা ওই। মৈতৈগী চংনবীনা খূৎলাক ১২ না উতোং ১, উতোং ৬৪না শঙ্বায় অমনি। মবম অহুনা দ্রোণ ১=লাইতং ৫½ রোম ওইগনি ) ॥ ১২৬ ॥

লল্লো'নপোৎ লৈবা নল্ৰগা য়োনবগী মমল, মতুগী পুথোক-পুশিনগী অনকপা অবাপ্পা, মতুগী অপুমন, মতবু ঙাক-শেনবদা চঙ্খিবা খরচ—অসুম্না চঙ্খিবা শেঞ্জঙ্ পুন্নমক কাইথোকখ্রগা কয়া তোংহৌবা হৌনবা অসিনচিংবা কৃপ্না পাবগা ( হিসাব তৌরগা ) নিংথৌনা লল্লোনপোৎকী খাজনা লেপকনি ॥ ১২৭ ॥

মসিদা লল্লোনবা মীগীসু নিংথৌগীসু মাগী মাগী ফংফম মতিক চানা ফংনগদবা মওঙ্ য়েংহুনা নিংথৌনা মরৈবাক মহুংদা অসুম্না খাজনাগী চাং লেপকনি ॥ ১২৮ ॥

কাক্‌ফৈনা ঈ খজীক খজীক চুপ্পগুম, ষম্নাউনা শংগোম খরা খরতমক থকপগুম, অমদি খোইমুনা লৈহী খর খরতমক চুপ্পগুম—নিংথৌসু প্রজাদগী চহিগী খাজনা খজীক খজীক্তমক লৌবী-গনি ॥ ১২৯ ॥

শা-ষন অমদি সনা লুপা লল্লোন্দুনা তোংলকপা শেন্দোংগী শরুক ৫০গী শরুক অমা, অহুগা লোকম অকবা কত্তবগী মতুংইন্না

আদদীতাথ ষড়্ভাগং দ্রুমাংসমধুসর্পিষাম্ ।
গন্ধৌষধিরসানাঞ্চ পুষ্প মূল-ফলস্য চ ॥ ১৩১
পত্র-শাক-তৃণানাঞ্চ বৈদলস্য চ চর্ম্মণাম্ ।
মৃন্ময়ানাঞ্চ ভাণ্ডানাং সর্ব্বস্যাশ্মময়স্য চ ॥ ১৩২
ম্রিয়মাণোঽপ্যাদদীত ন রাজা শ্রোত্রিয়াৎ করম্ ।
ন চ ক্ষুধাস্য সংসীদেচ্ছ্রোত্রিয়ো বিষয়ে বসন্ ॥ ১৩৩
যস্য রাজ্ঞস্তু বিষয়ে শ্রোত্রিয়ঃ সীদতি ক্ষুধা ।
তস্যাপি তৎক্ষুধা রাষ্ট্রমচিরেণৈব সীদতি ॥ ১৩৪

---

অমদি খোইরদা চঙ্‌বা থরচকী অথোই-অহেন মতুংইন্না কৌনচিংবা মরোংগী খাজনা ওইনা শরুক ৬ থোকপগী অমা, নিপান থোকপগী অমা, নত্রগা ১২ থোকগী শরুক অমা লৌগনি ॥ ১৩০ ॥

উ, শা, খোইহী, ঘি, মনম নাইবা পোৎ, হিদাক লাংথক, উ মখোম নত্রগা মনপ, উহৈ, লৈহুংদা তাবা পোৎ অমদি লৈ নত্রগা মপাল—অসিনচিংবগীদি লৈবা য়োনবদা চঙ্‌বা মমলদগী লেমহৌবা তোংহৌবা অতুগী শরুক ৬কী শরুক অমা নিংথৌনা লৌগনি ॥ ১৩১ ॥

নাপীগী জাৎ ( ই-নচিংবা ), উনা ( কান্নবা মনানচিংবা ), ঈনশাং-নাপী, চফূ-চনাই, রানা শাবা পোৎচৈ, শউনগী পোৎ, নুংনা শাবা পোৎচৈশিং—মখোয় অসিগী লৈবা-য়োনবদা চঙ্‌বা শেঙ্গঙ্‌ শেনশিৎতগী অহেনবা অতোংবা শেনফম অতুগীসু শরুক ৬কী অমদি নিংথৌনা লৌগনি ॥ ১৩২ ॥

নিংথৌনা শেল থুম রাংপনা শিগদৌরবা ফাওবদা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণদগীদি খক খাজনা লৌরোইদবনি অহোয়নহুম বেদ হৈবা ব্রাহ্মণনা মাগী মরৈবাক্তা লৈরগা চাবা ফংদবগী অরাবা অহু খক নংদনবহুম হোৎনবীগদবনি ॥ ১৩৩ ॥

বেদ হৈবা ব্রাহ্মণনা চাবা ফংদবগী অরাবা খাঙ্‌লবা লৈবাক মহুদি থুনমক চাক ভাঙ্‌তুনা অরাবা ওইরকই ॥ ১৩৪ ॥

শ্রুতবৃত্তে বিদিত্বাস্য বৃত্তিং ধর্ম্ম্যাং প্রকল্পয়েৎ।
সংরক্ষেৎ সর্ব্বতশ্চৈনং পিতা পুত্রমিবৌরসম্॥ ১৩৫
সংরক্ষ্যমাণো রাজ্ঞা যং কুরুতে ধর্ম্মমন্বহম্।
তেনায়ুর্বর্দ্ধতে রাজ্ঞো দ্রাবিণং রাষ্ট্রমেব চ॥ ১৩৬
যৎকিঞ্চিদপি বর্ষস্য দাপয়েৎ করসংজ্ঞিতম্।
ব্যবহারেণ জীবন্তং রাজা রাষ্ট্রে পৃথগ্‌জনম্॥ ১৩৭
কারুকান্ শিল্পিনশ্চৈব শূদ্রাংশ্চাত্মোপজীবিনঃ।
একৈকং কারয়েৎ কর্ম্ম মাসি মাসি মহীপতিঃ॥ ১৩৮
নোচ্ছিন্দ্যাদাত্মনো মূলং পরেষাঞ্চাতিতৃষ্ণয়া।
উচ্ছিন্দন্ হ্যাত্মনো মূলমাত্মানং তাংশ্চ পীড়য়েৎ॥ ১৩৯

---

অসিগুম্বা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণনা হৈরিবা মহৈগী মচাং অমদি মাগী লৈবাক মচা তাবা-তাদবা মতৌ য়েংহুনা নিংথৌনা মাগী হিংননবা অচারম লেপ্পিগনি অহুগা অপোকপা মচাগুম্না মহাকপু হুরান-চীস্থীনচিংবদগী ঙাকপি-শেনবীগনি ॥ ১৩৫ ॥

অসুম্না নিংথৌনা নিঙথিনা ঙাকপি-শেনবী তৌরবা ব্রাহ্মণ অহুনা হুমিৎ খুদিঙ্গী পাঙ্থোকপা ধর্ম্ম কর্ম্মগী থবকশিং অহুনা নিংথৌগী মরৈবাক মরল অমদি মপুন্সী চাওখৎহল্লি ॥ ১৩৬ ॥

অহুগা মনা-শীংনানচিংবা অচম্বা পোৎ লৈজ-য়োনজ তৌজহুনা হিংজবা মীওইশিং অহুদগীদি নিংথৌনা চহিগী ওইনা খাজনা খরতমক লৌবিগনি ॥ ১৩৭ ॥

উশূবা, লাইশাবা লাইয়েকপনচিংবা তৌবা, শূদ্র নত্রগা মপাংগলতনা নোমজ-চৎচ তৌহুনা চাজবা মীওইশিং অহুবু থা খুদিঙ্গী নোংমদি নিংথৌগী থবক তৌহনগদবনি ॥ ১৩৮ ॥

নিংথৌনা প্রজাবু হেন্না হুংশিহুনা লৌফম থোকপা খাজনানচিংবা অমত্তা লৌত্রবদি মথক্তা মরু কুক্তোকচবনি হায়বদি মথক্তগী মাঙ্জবনি অহুগা করাম চাউহুনা হেন্না লৌনিঙ্বদগী খাজনা চাউনা চাউনা লৌবসু মথক্তগী মমাঙ্জবনি হায়বসি খঙ না রাখল

তীক্ষ্ণশ্চৈব মৃদুশ্চ স্যাৎ কার্য্যং বীক্ষ্য মহীপতিঃ।
তীক্ষ্ণশ্চৈব মৃদুশ্চৈব রাজা ভবতি সম্মতঃ॥ ১৪০
অমাত্যমুখ্যং ধর্ম্মজ্ঞং প্রাজ্ঞং দান্তং কুলোদ্গতম্।
স্থাপয়েদাসনে তস্মিন্ খিন্নঃ কার্য্যেক্ষণে নৃণাম্॥ ১৪১
এবং সর্ব্বং বিধায়েদমিতিকর্ত্তব্যমাত্মনঃ।
যুক্তশ্চৈবাপ্রমত্তশ্চ পরিরক্ষেদিমাঃ প্রজাঃ॥ ১৪২
বিক্রোশন্ত্যো যস্য রাষ্ট্রাদ্ধ্রিয়ন্তে দস্যুভিঃ প্রজাঃ।
সম্পশ্যতঃ সভৃত্যস্য মৃতঃ স ন তু জীবতি॥ ১৪৩

---

মুন্না তৌহুনা মশাগীসু অমাঙ্বা থোক্তনবা প্রজাবুসু ওৎপা-নৈবা তাদনবা তৌগদবনি॥ ১৩৯॥

অকন্নবা থবক খরদদি নিংথৌনা য়াম্না তমথীবা মশক লৌগনি অত্থুগা করি করিগুম্বদনা য়াম্না থোৎপা মেঙ্বা মতৌ তৌগনি। মরমদি থবক থবক অত্থুগী মতুংইন্না কনবা থোৎপা মতৌ ফোংদোকপা নিংথৌবু প্রজানা য়াম্না য়ানবা হেল্লি॥ ১৪০॥

নিংথৌ মশামক্না প্রজাশিংগী থবক য়েংশিনবা ঙমদ্রবদি ধর্ম্ম-চেনবা, পণ্ডিত ওইবা, ইন্দ্রি থূতুম চনবা অমদি অচৌ-অশাং কোন্দা পোকপা অথোইবা মী অমবু মন্ত্রী হাপ্তুনা বিচার আসন-দা ফমহল্লগা রাথোক লান্থোক্তা রায়েন চৈরাক তৌহনগনি॥ ১৪১॥

মতৌ অসুন্না নিংথৌনা মশাগী থবক পুম্নমক পাঙ্থোক্তুনা মতম পুম্নমক্তা হৈনিঙ্না অমদি অশোয় অঙাম লৈহন্দনা মশাগী প্রজাশিংবু য়োকপি-কনবীগনি॥ ১৪২॥

নিংথৌনা মাগী অঙম-অথৌশিং লোয়মনা লৈনা লৈনা মখোয় মকী মমাঙ্দা হুরানবনা প্রজাগী মপোৎ-মচৈ হুবিখিবদগী প্রজা-শিংনা কপ্প-লাউনবা য়াওরবদি নিংথৌ অদু চঙ্শি-শিরবমক্কি হায়না থীংথানৈ॥ ১৪৩॥

ক্ষত্রিয়স্য পরো ধর্ম্মঃ প্রজানামেব পালনম্।
নির্দিষ্টফলভোক্তা হি রাজা ধর্ম্মেণ যুজ্যতে॥ ১৪৪
উত্থায় পশ্চিমে যামে কৃতশৌচঃ সমাহিতঃ।
হুতাগ্নির্ব্রাহ্মণাংশ্চার্চ্চ্য প্রবিশেৎ সশুভাং সভাম্॥ ১৪৫
তত্র স্থিতঃ প্রজাঃ সর্ব্বাঃ প্রতিনন্দ্য বিসর্জ্জয়েৎ।
বিসৃজ্য চ প্রজাঃ সর্ব্বা মন্ত্রয়েৎ সহ মন্ত্রিভিঃ॥ ১৪৬
গিরিপৃষ্ঠং সমারুহ্য প্রাসাদং বা রহোগতঃ।
অরণ্যে নিঃশলাকে বা মন্ত্রয়েদবিভাবিতঃ॥ ১৪৭
যস্য মন্ত্রং ন জানন্তি সমাগম্য পৃথগ্‌জনাঃ।
স কৃৎস্নাং পৃথিবীং ভুঙ্‌ক্তে কোষহীনোঽপিপার্থিবঃ॥১৪৮

---

ধর্ম্ম পুন্নমক্তগী প্রজা য়োকপনা ক্ষেত্রি মচাগী অথোইবা ধর্ম্মনি, মরম অহুনা প্রজাগী খাজনানচিংবা লৌহুনা পাল্লিবা নিংথৌনা মতম পুন্নমক্তা অসিগুম্বা ধর্ম্ম অসিবু মপুং ফানা ওাক্ক-দবনি॥ ১৪৪॥

নিংথৌনা সুমিং খুদিঙ্‌গী অহিং মমৈদা হৌগত্তুনা অমূক্তী তৌবা হৌনবা থবক লোইথোক্লগা মপুক্লিঙ্‌ চঙ্‌না অগ্নিহোত্রগী হোম তৌবা লোইরগা হৌনবী দাননচিংবা তৌহুনা ব্রাহ্মণশিংবু পূজা কৎলগা নিঙ্‌থিনা শেম-শারবা সভা মাগুপত্তা চঙ্‌গনি॥১৪৫॥

সভাদা লৈরবা নিংথৌনা তিল্লমলিবা প্রজাশিং পুন্নমক্পু মিঙ্‌থিবা রাহে থোনকম্না পেলহনবীহুনা বিদায় তৌখিগনি অহুগা মথোয়না চৎপ্রবদা মন্ত্রিশিংগা লোয়নবা তৌগদবা থবক্কী মরমদা রা থম্নহৌগনি ॥ ১৪৬॥

রা তাম্নকমদি—অরাংবা চীংথক্তা, অটীকপদা লৈবা সঙ্গাই মথক অমদা, নত্রগা উমং-রামংদা অমদি য়াম্না থুপ্না মফমদা ফমহুনা তৌগনি ॥ ১৪৭॥

মন্ত্রী নত্তনা থম্নরিবা, রাকম অহু অতে অমত্তনা খুঙ্গুবা

জড়মূকান্ধবধিরাংস্তৈর্য্যগ্‌যোনান্ বয়োঽতিগান্।
স্ত্রীম্লেচ্ছব্যাধিতব্যঙ্গান্ মন্ত্রকালেঽপসারয়েৎ ॥ ১৪৯
ভিন্দন্ত্যবমতা মন্ত্রং তৈর্য্যগ্‌যোনাস্তথৈব চ।
স্ত্রীয়শ্চৈব বিশেষেণ তস্মাৎ তত্রাদৃতো ভবেৎ ॥ ১৫০
মধ্যন্দিনেঽর্দ্ধরাত্রে বা বিশ্রান্তো বিগতক্লমঃ।
চিন্তয়েদ্ধর্ম্মকামার্থান্ সার্দ্ধং তৈরেক এব বা। ১৫১
পরস্পরবিরুদ্ধানাং তেষাঞ্চ সমুপার্জ্জনম্।
কন্যানাং সম্প্রদানঞ্চ কুমারাণাঞ্চ রক্ষণম্ ॥ ১৫২

---

অতুগুন্না নিংথৌ অতুদি মরল-মথুম রাৎলবস্থু মতম অমদা শোয়দনমক পৃথিবীগী মপু ওইরকই ॥ ১৪৮ ॥

মখোঙ্ তেকপনচিংবা তৌতুনা চৎপা ঙমদবা মী, মরোল খোক্তবা, মমিৎ তাঙ্‌বা, মনা পঙ্‌বা, চোঙা-তেনরানচিংবা উচেক, য়াম্না অহল ওইরবা মী, নূপী, ম্লেচ্ছ, অশোন-অনা মীওই, অমদি মশাগী ফিবম কায়রবা মী—মখোয় অসিবু রা তান্নফম মনাক্তা থক লৈহল্লোইদবনি ॥ ১৪৯ ॥

মপোক অমগী দোষনা চৎপা ঙমদ্রবা—মরোন খোক্তবা অসিনচিংবা মীওইশিং অসিদি মহোশানা মখোয়বু মীনা থৌওইউশীংপিদে হায়তুনা মীগী অরোনবা হেক্তমক হায়দোকই; নূপী অমসুং উচেকশিংনা মপূক্লিঙ তপথবা রাৎপমক্তনা অরোনবা হেক্তা হায়দোকপনা মনাৎনি। মরম অসিনা রা-থন্নকমদগী মখোয় অসিবু মপান্দা তাম্বোকপা কাউরোইদবনি ॥ ১৫০ ॥

সুংথিলগী য়ুথক অনিগী মতম ( সুমিৎ য়ুংবা মতুং ), অমদি অহিংদা অরা পোথারবা নিংথৌনা পূক্লিঙ লৈতানা মথন্তা নত্রগা মন্ত্রিশিংগা ফম্মিন্নতুনা ধর্ম্ম, অর্থ, অমদি কামগী মরমদা খন্নগনি ॥ ১৫১ ॥

অমগা অমগা তায়োম্নবা ( তাইনবা য়াদবা ) মতৌ লৈনরবস্থু মসু থাদোক্তুনা নিংথৌনা ধর্ম্ম, অর্থ, 'কাম অহুম অসিবু ফংননবগী

দূতসম্প্রেষণঞ্চৈব কার্য্যশেষং তথৈব চ।
অন্তঃপুরপ্রচারঞ্চ প্রণিধীনাঞ্চ চেষ্টিতম্ ॥ ১৫৩
কৃৎস্নঞ্চাষ্টবিধং কর্ম্ম পঞ্চবর্গঞ্চ তত্ত্বতঃ।
অনুরাগাপরাগৌ চ প্রচারং মণ্ডলস্য চ ॥ ১৫৪
মধ্যমস্য প্রচারঞ্চ বিজিগীষোশ্চ চেষ্টিতম্।
উদাসীনপ্রচারঞ্চ শত্রোশ্চৈব প্রযত্নতঃ ॥ ১৫৫

---

মরমদা রাখল খন্থগনি। মশাগী থবক পাঙ্থোক্লবগীদমক্তা মতিক চাবা নিপাদা মচানিঙোন থাজথোক্কনি, অদুগা নিংথৌ মচানিপা-শিংবুসু নিঙ্থিনা মহৈ-মশিন তমহন্দুনা অচুম্বা লম্বীদা পুরক্লবা হোৎনগনি ॥ ১৫২ ॥

করম তৌরগা মীরৈবাক্তা দূত থাবা য়াগদগে, হৌগৎলুরবা থবক অদু করম্না লোইশিনগদগে, সঙ্গাই মনুংগী লৈম-নীজনচিংবী নুপীশিংগী মওঙ্-মতৌ পূম্নমক মখোয়গী লোয়নবীশিংদগী করম্না খঙ্দোক্কদগে, মীরৈবাক্কী পাউ লৌনবা থাখ্রিবা গুপ্তচরশিং অদুগী থবক-থনা মওঙ্ খঙ্নবা অতোপ্পা গুপ্তচর হাপ্লুনা করম চথহন-সিগে—অসি পূম্নমক নিংথৌনা খনগদবনি ॥ ১৫৩ ॥

চাগা-চাদিঙ্, থবক তৌবা মীশিংদা চৎকদবা শাজৎ, য়াদবা থবক তৌহন্দবা, চিংনবা থবক্কী মরমদা তৌফম থোকপা থবক, হৌন-চৎনলোন য়েংশিনবা, চৈরাক পীবা, পাপ তৌবা মীগী প্রায়-শ্চিত্ত তৌবা অসিগুম্বা নিংথৌগী থবক মখল ৮ অসিগী মরম,— কাপটিক (লৌনম তৌবা), দাম্ভিক ( চাউথোকপা, নাপল তৌবা ), গৃহপতিব্যঞ্জন (য়ুমলিংবা মীগী চীঞ্জাক), বৈদেহিক ব্যঞ্জন (লল্লোনবা মীগী চীঞ্জাক), তাপসব্যঞ্জন (লম্বোই-তুবোইবগী চীঞ্জাক)—অসিগুম্বা আচার মখল মঙা অসিগী মরম, মশাগী অঙম-অথৌশিংগী হরাউবা হরাউদবগী মরম অমদি নক্লবা লৈবাকশিংগী ফিবম—পূম্নমক অসি নিংথৌনা পুক্নিঙ্ চঙ্গদবা ঙাকনি ॥ ১৫৪ ॥

ময়ায় ওইনা কনবা নিংথৌগী মরমচৎ মতৌ, খুৎকন-পাংগ্গনবা

**এতাঃ প্রকৃতয়ো মূলং মণ্ডলস্য সমাসতঃ।**
**অষ্টৌ চান্যাঃ সমাখ্যাতা দ্বাদশৈব তু তাঃ স্মৃতাঃ॥ ১৫৬**
**অমাত্যরাষ্ট্রদুর্গার্থদণ্ডাখ্যাঃ পঞ্চ চাপরাঃ।**
**প্রত্যেকং কথিতা হ্যেতাঃ সংক্ষেপেণ দ্বিসপ্ততিঃ॥ ১৫৭**
**অনন্তরমরিং বিদ্যাদরিসেবিনমেব চ।**
**অরেরনন্তরং মিত্রমুদাসীনং তয়োঃ পরম্॥ ১৫৮**

---

নিংথৌগী থবক, তুমিন্নতা লৈজবা নিংথৌগী শাজং অমদি লায়না থনবা য়েক্নবা নিংথৌগী মতৌ—মথোয় অসি কূপ্না য়েংশিনবনা নিংথৌগী মথৌনি॥ ১৫৫॥

অসিগুম্বা প্রকৃতি মণ্ডল ( শক্তি ) মখল মবি অসিগী মবম অসিতস্থ নত্তুনা মরূপ ওইবা নিংথৌ, য়েক্নবস্থ ওইবা মরূপস্থ ওইবা ( অরিমিত্র—যেক্নবগা মরূপ ওইবা ), মরূপকী মরূপ, অরিমিত্রগী মরূপ, তুংদা লৈবা য়েক্নবা ( পার্ষ্ণিগ্রাহ ), নক্নবা নিংথৌগী মথংদা লৈবা মরূপ ওইবা নিংথৌ (আক্রন্দ), তুংদা লৈবা যেক্নবা নিংথৌগী মপাংগল পীবা নিংথৌ ( পার্ষ্ণিগ্রাহসার ), নক্নবা নিংথৌগী মথংদা লৈবা মরূপ ওইবা নিংথৌগী মপাংগল ওইবা নিংথৌ (আক্রন্দসার) —অসিগুম্বা প্রকৃতি নিপান অসিগা লোযননা হায়খ্রিবা প্রকৃতি মখল ১২ অসিগী মরমদা নিংথৌনা কূপ্না য়েংশিনগদবনি॥ ১৫৬॥

হায়খ্রিবা প্রকৃতি ১২ অসিগী মন্ত্রীশিং, মথোয়গী মরৈপাক ( প্রজা ), লানবন, মরল-মথুম, অমদি রায়েন থৌদাগী মরম— অস্থুম তৌনা মরম ৫। ৫ অসি ( হায়বদি পূন্না মখল ৬০ ) য়াওরগা প্রকৃতি ১২ অহুগা পূন্না প্রকৃতিগী মখল ৭২ নি হায়না মহর্ষিশিংনা তাকপিরম্মী॥ ১৫৭॥

মশাগী মরৈবাক্কা হেক তাইনবা লৈবাক্কী নিংথৌগা অমদি য়েক্নবগা তিন্নবা নিংথৌগা—অনি অসিমক য়েক্নবমক্তনি থগুগনি, অরিমিত্রগী মথংদা লৈবা মরূপ ওইবা নিংথৌদি উদাসীননি (মরূপস্থ নত্তবা য়েক্নবস্থ নত্তবা) হায়না খঙ্গনি॥ ১৫৮॥

তান্ সর্ব্বানভিসন্দধ্যাৎ সামাদিভিরুপক্রমৈঃ।
ব্যস্তৈশ্চৈব সমস্তৈশ্চ পৌরুষেণ নয়েন চ॥ ১৫৯
সন্ধিঞ্চ বিগ্রহঞ্চৈব যানমাসনমেব চ।
দ্বৈধীভাবং সংশ্রয়ঞ্চ ষড়্গুণাংশ্চিন্তয়েৎসদা॥ ১৬০
আসনঞ্চৈব যানঞ্চ সন্ধিং বিগ্রহমেব চ।
কার্য্যং বীক্ষ্য প্রযুঞ্জীত দ্বৈধং সংশ্রয়মেব চ।১৬১
সন্ধিন্তু দ্বিবিধং বিদ্যাদ্রাজা বিগ্রহমেব চ।
উভে যানাসনে চৈব দ্বিবিধঃ সংশ্রয়ঃ স্মৃতঃ॥ ১৬২

অসিগুম্বা নিংথৌশিং অসিবু সাম-দান-ভেদ-দণ্ড-হায়বা উপায় মথল মরি অসিমক শীজিন্নহ্না নত্রগা মরি অসিগী মন্নুংদগী উপায় অমত্তনা ওইববস্সু নত্রগা চুম্নগী লন-থুম পীবতনা ওইববস্সু নত্রগা ‘সাম’ হায়বা উপায় অসিতনা ওইরবস্সু খুহ্নম চনশিন্নবা হোৎনগদবনি॥ ১৫৯॥

সন্ধি তৌনবা, লান তৌনবা, লান্দাশিনবা (যান), আসন (য়েক্লববু উশীত্তবা), নিঙ্বা থুংনা থবক পাঙ্থোকপা ওন্নবগীদমক মশাগী মপাংগল (তেংগোলনচিংবা) বু অনিথোক্না খাযদোকপা, অতোপ্পা খুৎকন পাংগনবা নিংথৌগী শেগা তাংজবা—অসিগুম্বা গুণ ৬ অসিগী মন্নুংদা কবস্বনা যেক্লবগী অমাঙ্বা থোকহন্দুনা মশাগী খুদোং চাবা ওইগদগে হায়বগী মরমদা নিংথৌনা পূক্নিঙ লৈত্তানা খনগদবনি॥ ১৬০॥

অশুম্না কাম্ন কান্নগদবা য়েংহ্নুনা গুণ ৬ অসিগী মরক্তগী খুদোং চাগদবা—চাবোইদবা য়েংহ্নুনা নিংথৌনা খন্দোক-খজিন তৌহ্নুনা শীজিন্নগনি॥ ১৬১॥

নিংথৌনা সন্ধি, বিগ্রহ (লান), যান (লান্দাবা) আসন (আত্ম-সংবরণ=মশা কন্নবা ফিবম শেম্বা), দ্বৈধ (অনি থোকপা), অমসুং আশ্রয় (অমগী মতেং লৌবা)—কৌবা গুণ ৬ অসিগী অমমম্বু অবস্থা মতুংইন্না মথল ২। ২ অমুক তরি হায়বসি খঙ্গদবনি॥ ১৬২॥

সমানযানকর্ম্মা চ বিপরীতস্তথৈব চ।
তদা ত্বায়তিসংযুক্তঃ সন্ধির্জ্ঞেয়ো দ্বিলক্ষণঃ॥ ১৬৩
স্বয়ংকৃতশ্চ কার্য্যার্থমকালে কাল এব বা।
মিত্রস্য চৈবাপকৃতে দ্বিবিধো বিগ্রহঃ স্মৃতঃ॥ ১৬৪
একাকিনশ্চাত্যয়িকে কার্য্যে প্রাপ্তে যদৃচ্ছয়া।
সংহতস্য চ মিত্রেণ দ্বিবিধং যানমুচ্যতে॥ ১৬৫
ক্ষীণস্য চৈব ক্রমশো দৈবাৎ পূর্ব্বকৃতেন বা।
মিত্রস্য চানুরোধেন দ্বিবিধং স্মৃতমাসনম্॥ ১৬৬

---

নিংথৌ অনিনা চান্ন-চিন্ননা তিন্নহুনা "ঐখোয় অনি তিন্নহুনা য়েক্লবা পাগদৌরিবা অসিদা ঐখোয়না জয় ওইরবদি মতুদগী ফং-লকপা অতৈস্তু, লন-থুম অতুগা মতুংদা ফংলকপা অতৈস্তু চপ মান্ননা য়েন্নসি" অস্তুম হায়না লেপ্নহুনা য়ানরবদি মদুবু 'সমান যান কর্ম্মা সন্ধি' হায়না কৌই, অতুগা 'নঙ্না অদোমদা চৎলো, ঐদি কোন্না লাক্কে অতুমদি ওইরগা অফংবা মখৈদি চপ মান্ননা য়েন্নগ-দবনি' অস্তুন্না তৌনবা সন্ধিবুনা 'অসমান যান-কর্ম্মা-সন্ধি' হায়না কৌই। অস্তুম তৌনা সন্ধি মখল অনিনি॥ ১৬৩॥

বিগ্রহস্তু মখল অনিনি মতুদি—মতম চাবদবু ওইরবস্তু চাদবা মতমদবু ওইরবস্তু য়েক্লবা নিংথৌগা লোয়ননা মশাগী কান্নদবা হায়বদি—অমাঙ বা কয়া খাঙহুনা লান নেম্নবা হোৎনবা অমা, অতুগা য়েক্লবা নিংথৌগীনা মাঙনবা মশাগীনা ফনবা মওঙদা লান নেম্নবা হোৎনবা অমা॥ ১৬৪॥

যানস্তু মখল অনিনি—য়েক্লবগী করিগুম্বা অহোবা অমা হেক ফংবদা মাবু লাকচবা ঙমগনি হায়না খন্দুনা নিংথৌনা কনাগীস্তু মতেং লৌদনা মথন্তা লানগী যাত্রা তৌবা, মসিনা অহানবনি অতুগা মথন্তনা ঙমলোইদবা উহুনা অতোপ্পা নিংথৌ অমগী মতেং লৌহুনা তৌবা লানগী যাত্রা—মসিনা অনিশুবা যাননি॥ ১৬৫॥

আসনস্তু অনিনি মতুদি—লাইগী নোংদম্নবু ওইরবস্তু অহানবা

বলস্য স্বামিনশ্চৈব স্থিতিঃ কার্য্যার্থসিদ্ধয়ে।
দ্বিবিধং কীর্ত্ত্যতে দ্বৈধং ষাড়্গুণ্যগুণবেদিভিঃ॥ ১৬৭
অর্থসম্পাদনার্থঞ্চ পীড্যমানস্য শত্রুভিঃ।
সাধুষু ব্যপদেশার্থং দ্বিবিধঃ সংশ্রয়ঃ স্মৃতঃ॥ ১৬৮
যদাবগচ্ছেদায়ত্যামাধিক্যং ধ্রুবমাত্মনঃ।
তদাত্বে চাল্পিকাং পীড়াং তদা সন্ধিং সমাশ্রয়েৎ॥ ১৬৯

---

মপোক্কী দোষনা হন্দক্কী মপোক্তা ফংলবা মরাইবক থীবনবু ওইর-বস্থু করি অমত্তসু লৈজত্রবা নিংথৌ অত্থুগী মতম অত্থুগী আসন অত্থুনা অহানবনি, অত্থুগা মরূপ ওইনা তিন্নবা নিংথৌগী মফমদা ফুংশিবা উৎপিনিঙ্‌বা নিংথৌ অত্থুগী আসন অত্থুনা অনি-শুবনি॥ ১৬৬॥

থবক মহৈ য়াম্নবগীদমক লাস্মী মথৈবু কাঙ্‌বু অনি থোক্না খায়দোক্লগা অমনা মকোক ওইবা সেনাপতিগী মখাদা থম্লগা মফম অমদা লৈহন্দুনা অত্থুগা কাঙ্‌বু অমনা নিংথৌ মশামক্না লুচিংথুনা অতোপ্পা অমদা লৈবা—অসিগুম্না দ্বৈধীভাব (অনি থোকপা) অসিস্থু মখল অনিনি হায়না গুণ তরুকমক্কী মরম নিঙ্‌থিনা খঙ্‌বা মীওইশিংনা হায়॥ ১৬৭॥

সংশ্রয় (চঙ্‌জ-তাংজবা) সু মখল অনিনি—য়েক্লবনা ওৎপা নৈষনা খাঙ্‌বা ন্নারবদা অতোপ্পা নিংথৌগী শেগা তাংলুবা—মসিনা অহানবনি, অত্থুগা মতম অত্থুদা য়েক্লবনা ওৎপি-নৈবীরত্রবমকসু মভুংদদি য়েক্লবনা লাকশিল্লরগনি হায়বগী ফুংশা থীবা লৈবদসী হেজিনবা মওঙ্‌গী তাংজবা থোক্লবগীদমক অতোপ্পা নিংথৌদা চঙ্‌জ-ফম থিবা মসিনা অনিশুবনি॥ ১৬৮॥

মান লোইরবদা মহাক্কী অকবা ওইথুনা হেন্না ফিবম চেৎলগনি হায়বা শেংনা খঙ্‌লবদি নিংথৌনা মতম অত্থুগীদমক্তি থরা মাঙ্‌জ-রবসু সন্ধি তৌনবা হোৎনগদবনি॥ ১৬৯॥

যদা প্রহৃষ্টা মন্যেত সর্ব্বাস্ত প্রকৃতীর্ভৃশম্।
অভ্যুচ্ছ্রিতং তথাত্মানং তদা কুর্ব্বীত বিগ্রহম্॥ ১৭০
যদা মন্যেত ভাবেন হৃষ্টং পুষ্টং বলং স্বকম্।
পরস্য বিপরীতঞ্চ তদা যায়াদ্রিপুং প্রতি॥ ১৭১
যদা তু স্যাৎ পরিক্ষীণো বাহনেন বলেন চ।
তদাসীত প্রযত্নেন শনকৈঃ সান্ত্বয়ন্নরীন্॥ ১৭২
মন্যেতারিং যদা রাজা সর্ব্বথা বলবত্তরম্।
তদা দ্বিধা বলং কৃত্বা সাধয়েৎ কার্য্যমাত্মনঃ॥ ১৭৩
যদা পরবলানান্তু গমনীয়তমো ভবেৎ।
তদা তু সংশ্রয়েৎ ক্ষিপ্রং ধার্ম্মিকং বলিনং নৃপম্॥ ১৭৪

---

মন্ত্রী সেনাপতিনচিংবা অকল-অথৌ মথৈনা থোইদোক্লমক মপূক্কিঙ্ পেন্নরি হায়বা উরবা অতুগা নিংথৌ মশামকসু শক্তি অহুম্না (শামী-লাম্নী, শগোল, শামু, রথদোলাই অমদি মরল-মথুম্ন-চিংবা) তিল্লবদি খুদক অতুমক্তদা লান তৌগদবনি॥ ১৭০॥

নিংথৌনা, লাম্নী তেংগোল পূন্নমক চপ মান্নবা হরাউনন্নি হায়বা উরবা অতুগা শেল-থুমগী অরাৎপসু লৈত্রবা অতুগা য়েক্লবগী মায়কৈদনা হায়রিবশিং অসি থোক্লবদি মতম অতুদা য়েক্লবা তঙ্গা ফুজিনগনি॥ ১৭১॥

মশাগী শগোল শামু রথ দোলাই অমদি লাম্নীনচিংবগী মশীং হাংলি হায়বা থঙ্লবা নিংথৌনা য়াম্না চেকশিন্না য়েক্লববু সাম, দাননচিংবা নীতিনা মপূক ফাতুনা থম্নগা মশাগী খুরম লেঙ্দনবা হোৎনগনি॥ ৭২॥

য়েক্লবা নিংথৌবু মঙোন্দগী কনবা থৌবা হেল্লি হায়বা খঙ্ল-বদি য়েক্লবা নিংথৌ অদুবু রাই চিলহন্নবগীদমক মফম অহুদা তেং-গোল অমা থনম্নগা নিংথৌ মশামক্তি অতোপ্পা লাম্নী তেংগোল অমগা লোয়নননা খুদোং থীবা মফম অমদা পুন্না লৈগদবনি॥১৭৩॥

মানা লৈরক্লা মফম খুদিঙমক্তা য়েক্লবা লাম্নীনা হেক্লমক

নিগ্রহং প্রকৃতীনাঞ্চ কুর্য্যাদ্‌যোহরিবলস্ত চ।
উপসেবেত তং নিত্যং সর্ব্বযত্নৈর্গুরুং যথা ॥ ১৭৫
যদি তত্রাপি সম্পশ্যেদ্দোষং সংশ্রয়কারিতম্।
সুযুদ্ধমেব তত্রাপি নির্ব্বিশঙ্কঃ সমাচরেৎ ॥ ১৭৬
সর্ব্বোপায়ৈস্তথা কুর্য্যান্নীতিজ্ঞঃ পৃথিবীপতিঃ।
যথাস্যাভ্যধিকা ন স্যুর্মিত্রোদাসীনশত্রবঃ ॥ ১৭৭
আয়তিং সর্ব্বকার্য্যাণাং তদাত্বঞ্চ বিচারয়েৎ।
অতীতানাঞ্চ সর্ব্বেষাং গুণদোষৌ চ তত্ত্বতঃ ॥ ১৭৮

---

খুদোং থীহল্লকপা য়াবগী হুংশা থীবা লৈববা নিংথৌ অহুদি থুনমক ধর্ম্ম চেনবা, অমদি মতিক মঙাল চাউবা অচৌবা নিংথৌ অমদা হেক্তুমক চঙ্‌জগদবনি ॥ ১৭৪ ॥

মখোয়মক্তগী অকিবনা মীঙোন্দা চঙ্‌জরুবা অতুগুম্বা মশামক্কী কল্লবা অঙম-অথৌশিং অহুমক্তদা নত্রগা য়েক্লববু লাকশিনবা গুম্বা নিংথৌ অহুগী মকাদা গুরুমক্কা মান্নমা সেবা তৌগনি ( পাংলিঙৈদা হয়িংদসু নোঙ্গৈ হায়বগুম্না ) ॥ ১৭৫ ॥

অহুমদি ওইরগা ফিবম অসিমক্তদসু চঙ্‌জকম অহুমক্কা মাগী মাঙ্‌নবা ওইরে হায়বা খঙ্‌লক্লবদি তঙাইফদনা লান তৌরগদবনি।
( শিরমদাই থোঙ্গাও কাওহুনা লাইবক য়েংলগদবনি ) ॥ ১৭৬॥

মরূপসু, মরূপসু নত্তবা য়েক্লবসু নত্তবা নত্রগা য়েক্লবা অসি-গুম্বা মিংথৌশিংনা মঙোন্দগী কনথৎপা হেনথিদনবগীদমক নীতি খঙ্‌বা নিংথৌনা সাম, দান, ভেদ, দণ্ড—হায়বা নীতি পূম্নমক অসি গুনা শীজিন্নগদবনি ॥ ১৭৭ ॥

মশানা তৌবা অফবা ফত্তবা থবকশিংগী মহৈনা হৌখিবা মতমদা করি ওইখিবা, হুজীক্কা করি ওইরিবা অহুগা তুংদনা করি ওইরকদবা অসি পূম্নমক অসি নিংথৌনা মুক্না খন্নগদবনি ॥ ১৭৮ ॥

আয়ত্যাং গুণদোষজ্ঞস্তদাত্বে ক্ষিপ্রনিশ্চয়ঃ।
অতীতে কার্য্যশেষজ্ঞঃ শত্রুভির্নাভিভূয়তে॥ ১৭৯
যথৈনং নাভিসন্দধ্যুর্মিত্রোদাসীনশত্রবঃ।
তথা সর্ব্বং সংবিদধ্যাদেষ সামাসিকো নয়ঃ॥ ১৮০
যদা তু যানমাতিষ্ঠেদরিরাষ্ট্রং প্রতি প্রভুঃ।
তদানেন বিধানেন যায়াদরিপুরং শনৈঃ॥ ১৮১
মার্গশীর্ষে শুভে মাসি যায়াদ্‌যাত্রাং মহীপতিঃ।
ফাল্গুনং বাথ চৈত্রং বা মাসৌ প্রতি যথাবলম্॥ ১৮২

---

করিগুম্বা পাম্বে অমা লৌত্রিবৈগী মমাঙ্‌দা মতুনা অফ-ফত্ত করি থোকদগে হায়বা হান্না খঙ্‌বা ঙম্বা—হুজীক হুজীকী খুত্তা লাকপা থবক-থনা পুম্নমকসু শং শং হেক্তা চঙ্‌খোন্না পাঙ্‌থোকপা ঙম্বা অহুগা লোইখ্রবা থবক্কী অফ-ফত্তবা ফংখিবা মওঙ্‌সু খন্দুনা পোলোইগী থৌশীন লেপ্পা ঙম্বা অহুগুম্বা নিংথৌ অহুদি কৈদৌঙৈ-দসু য়েক্লবনা মায়থীহনবা ঙমদে॥ ১৭৯॥

রাজনীতিগী অশম্বা মরোল হায়ববু মরূপসু, য়েক্লবসু অহুগা ময়ায় ওইনা লৈবা (অনিমক অমত্তা নত্তবা) নিংথৌসু কনা অমত্তনা মপাংগল কনখৎলক্তনা ববিগুম্বদা ৎপা নৈবা ঙমদনবা নিংথৌনা মশাগী থবক পুম্নমক শীন্দুনা পাঙ্‌থোকপা অসি-তনি॥ ১৮০॥

কনাগুম্বা য়েরবা লৈবাক অমদা লানগী যাত্রা তৌবা তারবদি নিংথৌ অ(্)না মথাগী নিয়মশিং অসিগী মতুংইন্না তপ্না তপ্না চঙ্‌-শিনগনি॥ ১৮১॥

পোয়নুগী ফৌ পৈশিময়বা লৈবাক লান্দাগে হায়রবদি হিয়াঙ্গৈ থাদা, অহুগা ; বসন্তদা লোকপা মহে-মরোং পৈবা লৈবাক্তনা ফাইরেন নঙ্গনা লমদা থাদা যাত্রা তৌগনি॥ ১৮২॥

অন্যেষ্বপি তু কালেষু যদা পশ্যেদ্ধ্রুবং জয়ম্ ।
তদা যায়াদ্বিগৃহ্যৈব ব্যসনে চোত্থিতে রিপোঃ । ১৮৩
কৃত্বা বিধানং মূলে তু যাত্রিকঞ্চ যথাবিধি ।
উপগৃহ্যাস্পদঞ্চৈব চারান্ সম্যগ্‌বিধায় চ ॥ ১৮৪
সংশোধ্য ত্রিবিধং মার্গং ষড়্‌বিধঞ্চ বলং স্বকম্ ।
সাম্পরায়িক কল্পেন যায়াদরিপুরং শনৈঃ ॥ ১৮৫
শত্রুসেবিনি মিত্রে চ গূঢ়ে যুক্ততরো ভবেৎ ।
গতপ্রত্যাগতে চৈব স হি কষ্টতরো রিপুঃ ॥ ১৮৬

---

শোযদনা জয ওইগনি হাযবা উববদি অমদি য়েক্কবগী করি-গুম্বা খুদোংথীনা লৈবা উববদি অতোপ্পা ঋতু অতৈদসু লান্দা তেংগাল যান্না পুদূনা লানগী যাত্রা তৌগদবনি ॥ ১৮৩ ॥

মবৈবাক মনুংগী পাঙথোকফম থোকপা থবক পূম্নমক্কী থৌরাঙ নিঙথিনা শীন্দোকপা লোইরম্লগা অমদি মীরৈবাক্তা লৈবদা চঙগদবা পোৎ-চৈ পূম্নমক লাঙশিন্দুনা, য়েক্কবগী মচা মনাইশিংবু মাগী মী ওইহন্ননবা হোৎনরগা মখোয়গী মতেংনা লৈবাক অতুগী ঈ পাউনচিংবা লোননবা উপায় লেপকনি ॥ ১৮৪ ॥

ঈশিং-কংফাল অমদি উমং-রামংগী লম্বী পূম্নমক নিঙথিনা শেমতুনা অমদি শগোল শামু বথ দোলাই খোঙমী-লান্মীনচিংবা লানগী মবম ৬ মক নিঙথিনা শেম-শারগা খোঙনা অতুম্মক ঈংনা য়েক্কবা লৈবাক তম্না চঙশিনগনি ॥ ১৮৫ ॥

মপানথোংদা ঐগী মব্বপ ওইবগা মন্নুংদনা য়েক্কবগী মী ওইবা, অতুগা শাউহনা চৎথ্রবা মীনাইনা অতোপ্পগী কাদা লৈক্লরগা অমুক হন্নক্তুনা চান্নবা শাক্তিন্নরবা অসিগুম্বা মীওই মখল অনি অসিদি হেন্না হেন্না অরাবগী মশক ওইগদবনা নিংথৌনা মখোয়বু চেকশিন-গদবনি ॥ ১৮৬ ॥

দণ্ডব্যূহেন তন্মার্গং যায়াৎ তু শকটেন বা।
বরাহ-মকরাভ্যাং বা সূচ্যা বা গরুড়েন বা ॥ ১৮৭
যতশ্চ ভয়মাশঙ্কেৎ ততো বিস্তারয়েদ্বলম্।
পদ্মেন চৈব ব্যূহেন নিবিশেত সদা স্বয়ম্ ॥ ১৮৮
সেনাপতি বলাধ্যক্ষৌ সর্ব্বদিক্ষু নিবেশয়েৎ।
যতশ্চ ভয়মাশঙ্কেৎ প্রাচীং তাং কল্পয়েদ্দিশম্ ॥ ১৮৯

---

শাংনা পরেং লেংবা ব্যূহ (লাম্থোঙ্) বু 'দণ্ডব্যূহ' কৌই ; মাযকৈ পুন্নমক্তগী অকিবা লৈববদি মতুগী যাত্রা তৌবদা দণ্ডব্যূহ অসি শাগনি। মাঙদা লান্মী খবতমক লৈবগা মতুংদনা যান্না লৈববদি মদূবুনা 'শকটব্যূহ' কৌই। তুংদগী অকিবা পোক্লিং-ঙাই লৈববদি শকটব্যূহ অসি শাহুনা লানগী যাত্রা তৌগনি। অহুগা তুংদা লান্মী খব খবতমক লৈরগা মযায়থংবা শক্তকনা য়ান্না লৈরবদি মদূবুনা 'বরাহব্যূহ' কৌই। নাক অনিমক্তগী চিংনবা লৈর-বদি ব্যূহ অসিনা যাত্রা তৌগনি। মাঙ্ অমসুং তুংদা লান্মী যান্না লৈহল্লগা মযাযদনা য়ামহন্দ্রবদি মদূবুনা 'মকরব্যূহ' কৌই। মাঙ্-তুং অনিমক্তগী অকিবা থোক্লিংঙাই লৈববদি মসিগী ব্যূহ অসি শাহুনা যাত্রা তৌগদবনি। লান্মী পবেংগী মরক্তা অথৌ অথৌবা খুৎলাই পায়বা অকনবশিংবু মাঙ্ থাহনবা লাম্থোঙ্ অদূবুনা 'সূচীব্যূহ' হায়না কৌই। মাঙদা অকিবা লৈরবদি সূচী-ব্যূহ অসিনা যাত্রা তৌগনি অহুগা মাঙ্-তুংগী অকিবা লৈবদনা উচেক মশাগুম্না অচৌবা ব্যূহ শাহুনা যাত্রা তৌগনি ॥ ১৮৭ ॥

অকিবা লৈবা লৈবা মাযকৈদা লান্মী পাকথোক-চাউথোক-হল্লগা লান্মীনা পদ্মব্যূহ (থম্বাল মণ্ডঙ্) শাহুনা য়োমশিল্লগা ময়ায়দা নিংথৌনা থুপ্তুনা লৈগনি ॥ ১৮৮ ॥

নিংথৌনা সেনাপতি অমসুং লান্মী মক্কোক মথৈবু লানকমগী মফম পুন্নমক মতম পুন্নমক্তা কূপ্না শেন্নহনগনি অহুগা অকিবা লৈরিবা মায়কৈ ভমহুনা চঙ শিনগনি ॥ ১৮৯ ॥

**গুল্মাংশ্চ স্থাপয়েদাপ্তান্ কৃতসংজ্ঞান্ সমন্ততঃ।**
**স্থানে যুদ্ধে চ কুশলানভীরূনবিকারিণঃ॥ ১৯০**
**সংহতান্ যোধয়েদল্পান্ কামং বিস্তারয়েদ্বহূন্।**
**সূচ্যা বজ্রেণ চৈবৈতান্ ব্যূহেন ব্যূহ্য যোধয়েৎ॥ ১৯১**
**স্যন্দনাশ্বৈঃ সমে যুধ্যেদনূপে নৌদ্বিপৈস্তথা।**
**বৃক্ষগুল্মাবৃতে চাপৈরসিচর্মায়ুধৈঃ স্থলে॥ ১৯২**
**কুরুক্ষেত্রাংশ্চ মৎস্যাংশ্চ পঞ্চালান্ শূরসেনজান্।**
**দীর্ঘান্ লঘূংশ্চৈব নরানগ্রামীকেষু যোধয়েৎ॥ ১৯৩**

---

মায়োক্পনা য়াম্নবা হকথেংনবা লানফমদা অমদি য়েক্নবা তম্না কুপ্তিনবা লানফমদা হৈশিংবা অমসুং অকিবা লৈতবা, কৈদৌঙৈদসু লানফমদগী মমায় ওন্দবা মপূক চেংপা লম্নাই ওইবা মীওইনা শেম্বা অত্তুগুম্বা লাম্মীশিংদা মোইবুং, লানবুংনচিংবা য়ৈবা-থোংবা তৌনবা যন্ত্রশিং অমদি ফীরাল—পুম্নমক অসি শিন্নত্তুনা পায়হল্লগা লানফমগী মায়কৈ মরিমক্তা লাপ্পা লাপ্পা লৈহনগনি॥ ১৯০॥

লাম্মী মশীং য়ামদ্রবদি পীকশিন-তাশিন্না, য়াম্লগনা পাক-থোক-চাউথোক্না লাম্মী পৈত্তুনা সূচী ব্যূহ (য়েত্তূম মওঙ্), নত্রগা বজ্রব্যূহ (বজ্র মওঙ্) শাত্তুনা (লাম্মীশিংবু অহুম থোক্না থায়-দোক্লগা) নিংথৌনা লাম্হেংনগনি॥ ১৯১॥

লৈতেম মান্নবা লমদা রথ (দোলাই), অমসুং শগোলনা, ঈশিংদনা ঈশিং লাম্মী অমসুং শামুগী লাম্মীনা, উ-রানা কুপশিনবা লমদনা লীরুংতেন শীজিন্নত্তুনা অত্তুগা লৈকুৎ-লৈথূন, তিংথং-তুম্বৌ, মুংনচিংবা লৈতবা মফমদনা থাঙ্, চুঙ্গোয়নচিংবা পায়ত্তুনা লান শোক্লগনি॥ ১৯২॥

মশা নোয়মনবা নত্তবা, মরেপ য়াংবা অতোপ অতোপ্পা লৈবাক্কী মত্রগা কুরুক্ষেত্র, মৎস্য (বিরাট), পাঞ্চাল (কান্যকুব্জ), শূরসেন (মথুরা) হায়বা লৈবাক মরি অসিগী লাম্মী মথৌবু থ্ৱায়গী লাম্‌দা থম্লগা লান শোক্লগনি॥ ১৯৩॥

প্রহর্ষয়েদ্বলং ব্যূহ্য তাংশ্চ সম্যক্ পরীক্ষয়েৎ ।
চেষ্টাশ্চৈব বিজানীয়াদরীন্ যোধয়তামপি ।। ১৯৪
উপরুধ্যারিমাসীত রাষ্ট্রঞ্চাস্যোপপীড়য়েৎ ।
দূষয়েচ্চাস্য সততং যবসান্নোদকেন্ধনম্ ।। ১৯৫
ভিন্দ্যাচ্চৈব তড়াগানি প্রাকারপরিখাস্তথা ।
সমবস্কন্দয়েচ্চৈনং রাত্রৌ বিত্রাসয়েৎ তথা ।। ১৯৬
উপজপ্যানুপজপেদ্ বুধ্যেতৈব চ তৎকৃতম্ ।
যুক্তে চ দৈবে যুধ্যেত জয়প্রেপ্সুরপেতভীঃ ।। ১৯৭

---

মথক্তা হায়খ্রিবা নিয়মশিং অসিগী মতুংইন্না লাম্হোঙ্ শীল্লগা "লানফমদা জয় ওইরবদি ধর্ম্ম ফংই, মায়োক্লবা লানফমদা শিরগনা স্বর্গ ফংই অত্তগা চেল্লবদি মাগী মবুংঙো অত্তুগী পাপ পূম্নমক চঙ্-শিল্লকই অমসুং নরক তাবা ওই" অসিনচিংবা রাহৈনা লান্মীশিংবু মপূক্লিঙ্ থৌগৎকনি। মখোয়না, করি তৌবদা হরাউবা নত্রগা শাউবা হায়বত্ত খঙ্নবা চাং য়েংথোক্কনি অত্তগা লান তৌনিঙ্বা নত্রগা তৌনিঙ্দবা মীশক্লা হায়বত্সু শেংনা খঙ্দোক্লবা তৌ-গনি ॥ ১৯৪ ॥

নিংথৌনা, য়েক্লববু অমসুং য়েক্লবা লৈবাকপু লান্মীনা কোয়-শিন্দুনা ওৎ-নৈবগী থবক তৌহনগনি অত্তুগা য়েক্লবগী ফৌ-চেঙ্ন-চিংবা মহৈ মরোং, ঈশিং, অমদি নাপী-শিংবী (মনা-মশীং) নচিংবদা অমাং-অশোয়নচিংবা ( থী-য়ুং ) চাইশিন্দুনা মাঙ্হনগনি ॥ ১৯৫ ॥

য়েক্লবগী পুখ্রীনচিংবগী ঈশিং মাঙ্হনবা, লানবনগী চেকপল হোগায়বা, থাঙ্গপাৎকী ঈশিং কংহনবা অসিনচিংবা পাম্বৈনা য়েক্লববু লাঙ্তক্লহনবা অত্তুগা অহিংদা পুং-শেলনচিংবা থীন্দুনা পাথৎহনবা অসি পূম্নমক তৌগনি ॥ ১৯৬ ॥

লৈবাক পাম্বা ( মিতাবা ) নিংথৌ মচাশিংবু অমদি শাউবা নরবা অঙম-অথৌশিংবু তোঙান তোঙান তাহম্বা শীনগনি। অত্তুগা নায়তোম নায়তোম শেৎতোকপদা মাগী মীচঙ্দা তারকপা মীশিং

সাম্না দানেন ভেদেন সমস্তৈরথবা পৃথক্।
বিজেতুং প্রযতেতারীন্ ন যুদ্ধেন কদাচন ॥ ১৯৮
অনিত্যো বিজয়ো যস্মাদ্দৃশ্যতে যুধ্যমানয়োঃ।
পরাজয়শ্চ সংগ্রামে তস্মাদ্যুদ্ধং বিবর্জ্জয়েৎ ॥ ১৯৯
ত্রয়াণামপ্যুপায়ানাং পূর্ব্বোক্তানামসম্ভবে।
তথা যুধ্যেত সংযত্তো বিজয়েত রিপূন্ যথা ॥ ২০০
জিত্বা সম্পূজয়েদ্দেবান্ ব্রাহ্মণাংশ্চৈব ধার্ম্মিকান্।
প্রদদ্যাৎ পরিহারাংশ্চ খ্যাপয়েদভয়ানি চ ॥ ২০১

---

অদুগী থবক থনা মওঙ্ মতৌ করিনো শেংনা খঙ্দোক্কনি ; অদুগা মশাগী গ্রহ শেংবা, দশা ফবা য়েংদুনা অফবা মতমদা অকিবা লৈতনা লান শোক্কগনি ॥ ১৯৭ ॥

অহানবমক্তদদি লানগী থবক পায়খৎপা তৌদনা চুম্নগী সাম, দান, ভেদ হায়বা উপায় অহুম অসিগী মরক্তা অমা শীজিন্নদুনা নত্রগা মতম অমত্তদা অহুম্মক অসি পুন্না শীজিন্নদুনা য়েক্লবা ঙম্নবা হোৎনগনি ॥ ১৯৮ ॥

মরমদি, লান হায়বসি তৌরবদি মীচঙ্ অনিমক্কী মরক্তা করম্বনা জয় ওইগনি, কনানা মাযথীগনি হায়বসিগী মরমদা অরেপ্পা থক লৈতে, অদুগা মদুনা অমাঙ্-অতা লৈতবসু থক ওইদে—মরম অদুনা লানগী রাখল থাদোক্তূনা অহানবদা নিংথৌনা অতোপ্পা উপায় অমা লৌগদবনি ॥ ১৯৯ ॥

অদুগা সাম, দান, ভেদ— নীতি অহুম অসিনসু য়েক্লববু জয় তৌবা ঙমগান হায়বা উত্রবদি, য়েক্লবা জয় তৌবা ঙমগদবা মওঙ্দা থরায় থুবাক্তমক হাপ্তূনা লান শোক্কগনি ॥ ২০০ ॥

অস্লুম তৌনা মীরৈবাক জয় তৌরগা মথুত্তা তাররুবা লৈবাক অদুদা হান্না লৈরম্বা লাই অমদি ধর্ম্ম চেনবা ব্রাহ্মণশিংবু পূজাগী-দমক্তা লৌ-ইংখোল, সনা-লুপানচিংবা মমল য়াম্বা পোৎশিং দান তৌদুনা পীগনি অদুগা প্রজাশিংবু অকিবা কোকহনবীগনি ॥ ২০১ ॥

সর্ব্বেষান্তু বিদিত্বৈষাং সমাসেন চিকীর্ষিতম্।
স্থাপয়েৎ তত্র তদ্বংশ্যং কুর্য্যাচ্চ সময়ক্রিয়াম্॥ ২০২
প্রমাণানি চ কুর্ব্বীত তেষাং ধর্ম্ম্যান্ যথোদিতান্।
রত্নৈশ্চ পূজয়েদেনং প্রধানপুরুষৈঃ সহ॥ ২০৩
আদানমপ্রিয়করং দানঞ্চ প্রিয়কারকম্।
অভীপ্সিতানামর্থানাং কালে যুক্তং প্রশস্যতে॥ ২০৪
সর্ব্বং কর্ম্মেদমায়ত্তং বিধানে দৈব মানুষে।
তয়োর্দ্দৈবমচিন্ত্যন্তু মানুষে বিদ্যতে ক্রিয়া॥ ২০৫

---

য়েক্লবা নিংথৌগী অঙম-অথৌশিংগী মরমচৎ মতৌ অমদি মপূরিঙ্ খঙ্দোক্লগা মাগী (য়েক্লবা নিংথৌগী) বংশগী মতিক চাবা মী অমবু নিংথৌ খুবম পীবিরম্লগা মাবু মতম মতম অহুগী তৌফম থোকপা থবক্কী লমদা পাউতাক পীবিরমগনি॥ ২০২॥

অসুম্না লৌশিল্লবা লৈবাক অহুগী লোনচৎ-শাজৎ অমদি মপা মপু হাক্তক্কী চৎনবী লৈবাক-রায়েন থৌদাগী মওঙ্ অহুনা নিংথৌ অহুগী লৈবাক্কী চৎনবীনচিংবগা খেন্নববসু শাস্ত্র বিরুদ্ধ ওইবা নত্রবদি মহু অহুম্মক লৈবাক অহুদা চৎহনবীরমগনি অমসুং সনা লুপান-চিংবা অথোইবা পোৎচৈনচিংবা পীবিহুনা অভিষেক তৌহুনা হাপ্লবা নিংথৌ অহুগা লোয়ননা মাগী অঙম-অথৌশিং অদুবু মপুক পেলহনবীরমগনি॥ ২০৩॥

কনাগুম্বনা লুনা তৌজবা পোৎপু মৎপি-মুনবীগ্রবদা রাবা, দান তৌবীরগনা মীহুগী নুংঙাইজবা ওইবা—মওঙ্ অসিদি মশানা অহুম্মক তাজবা রাফম ওইহুনসু মতাং চানা চানা অপাম্বা পোৎ পীবদা অমদি লৌবদদি অহুম্মক থাগৎনিংঙাই ওই॥ ২০৪॥

মীরমলেন্দা থোকপা থবক পুম্নমক অসি লাইনা তঙ্গা অমদি মীনা শীজবা ওাক্তনি। অদুবু লাইনা তম্বদি খঙ্বা উবা লৈতবনা মহু রাখলগী রাংমদা লৈখি—অহুগা নিপা থৌদাংদি মিৎনা উবা ফংবনা মহুদি হোৎনবগী মথা পোল্লি॥ ২০৫॥

সহ বাপি ব্রজেদ্‌যুক্তঃ সন্ধিং কৃত্বা প্রযত্নতঃ।
মিত্রং হিরণ্যং ভূমিং বা সম্পশ্যংস্ত্রিবিধং ফলম্‌ ॥ ২০৬
পার্ষ্ণিগ্রাহঞ্চ সংপ্রেক্ষ্য তথাক্রন্দঞ্চ মণ্ডলে।
মিত্রাদথাপ্যমিত্রাদ্বা যাত্রাফলমবাপ্নুয়াৎ ॥ ২০৭
হিরণ্যভূমিসম্প্রাপ্ত্যা পার্থিবো ন তথৈধতে।
যথা মিত্রং ধ্রুবং লব্ধ্বা কৃশমপ্যায়তিক্ষমম্‌ ॥ ২০৮
ধর্ম্মজ্ঞঞ্চ কৃতজ্ঞঞ্চ তুষ্টপ্রকৃতিমেব চ।
অনুরক্তং স্থিরারম্ভং লঘু মিত্রং প্রশস্যতে ॥ ২০৯

---

য়েক্লবা নিংথৌনা লান তৌদনা মরূপ শান্নহ্না অঙন্বা মীদা চঙ জররবদি নত্রগা সনা লুপানচিংবা মরল-মথুম পীবা নত্রগা মরৈ-বাক্তা শরূক খরা পীথোবক্লবদি লান তোক্তুনা সন্ধি তৌনরগা মরৈবাক্তা অত্নুম হনখিবনা মায় পাক্লিঙবা নিংথৌগী তৌফম থোকপা মথৌনি ॥ ২০৬ ॥

লানগী যাত্রা মতমদা মায় পাক্লিঙবা নিংথৌনা মথক্তা হায়-খ্রবা প্রকৃতি মখল ১২ অত্নুনা শাবা রাজমণ্ডলীগী মরক্তা পার্ষ্ণিগ্রাহ (তুংগী মায়কৈদা লৈবা নিংথৌ) অমসুং আক্রন্দ (নক্লবা নিংথৌগী তুংদা লৈবা নিংথৌ) মওঙ অনি অসিগী নিংথৌবু কুপ্না য়েংশিন-গনি মরমদি ; অনি অসিগা চান্নবা চান্নদবদগী মাগী লান যাত্রা অত্নুগী ফল ফংনিঙাই ওই ॥ ২০৭ ॥

মমৈদা অসুম অসুম চাওখৎপা হেল্লকপা মরূপ অমা ফংবদা মপাংগল শোনবা নিংথৌনা মাগীসু মমৈদা মপাংগল অসুম হেন-গৎলকপা য়াবা মওঙ লৈবা মতৌ অত্নুদি মমল য়াম্লবা মণি-মুক্তা অমদি অনৌবা লৈবাক ফনা ফংবনসু থক ওইদে ॥ ২০৮ ॥

ধর্ম্ম চেনবা অমসুং মীগী তৌবীমল থক কাউদবা, অঙম-অথৌনচিংবনা য়ানবা অমদি পেন্নবা অত্নুগা করিগুম্বা থবক অমা পায়খৎলকপদা সুক্লিঙ লৈতাবা—অসিগুম্বা মরূপ্তি মপাংগল কনমক শোন্দুনসু থাগৎনিঙাইনি ॥ ২০৯ ॥

প্রাজ্ঞং কুলীনং শূরঞ্চ দক্ষং দাতারমেব চ।
কৃতজ্ঞং ধৃতিমন্তঞ্চ কষ্টমাহুররিং বুধাঃ ॥ ২১০
আর্য্যতা পুরুষজ্ঞানং শৌর্য্যং করুণবেদিতা।
স্থৌললক্ষঞ্চ সততমুদাসীনগুণোদয়ঃ ॥ ২১১
ক্ষেম্যাং শস্যপ্রদাং নিত্যং পশুবৃদ্ধিকরীমপি।
পরিত্যজেন্নৃপো ভূমিমাত্মার্থমবিচারয়ন্ ॥ ২১২
আপদর্থং ধনং রক্ষেদ্দারান্ রক্ষেদ্ধনৈরপি।
আত্মানং সততং রক্ষেদ্দারৈরপি ধনৈরপি ॥ ২১৩
সহ সর্ব্বাঃ সমুৎপন্নাঃ প্রসমীক্ষ্যাপদো ভৃশম্।
সংযুক্তাংশ্চ বিযুক্তাংশ্চ সর্ব্বোপায়ান্ সৃজেদ্বুধঃ ॥ ২১৪

---

লৌশিং শিংবা অচৌবা শাগৈদা পোকপা, মপাংগল য়াম্না কননবা, থবক হৈশিংবা, পীগনবা, তৌবীমল খঙ্বা অমসুং অখাঙ্-কনবা য়েক্লবদি পণ্ডিতশিংনা অরাবগী মশক ওইবা যেক্লবনি হায়না শীংথানৈ ॥ ২১০ ॥

হেক য়েংবতদা মীগী মওঙ্-মতৌ খঙ্বা ঙম্বা, মপাংগল মথৌনা য়াম্না চাউবা, পুকচেল য়াম্না শেংবা অমদি থৌজাল হৈবা অমসুং পীগন-থোৎকনবা—অসিগুম্বা নাযতোম পাঞ্জবা নিংথৌগী মকাদা মায় পাক্লিঙ্বা নিংথৌশিংনা চঙ জগদবনি ॥ ২১১ ॥

নিংথৌনা মশাবু কঞ্জনবা উপায় অতৈ লৈরক্ত্রবদি অনা-অয়েক য়াওদবনা মুংঙাই-য়াইফবা ওইবী, অতৎপা লৈতনা মহৈ-মরোং চুম্বী, শজীক মরাং-কায়না হোবনা শা-ষণগী চাওখৎনবা ওইবী অসিগুম্বী লৈবাক ফাওবা করিসু খম্নরুবা তৌদনা থীন্দনমক থাদোকখিগদবনি ॥ ২১২ ॥

খুদোং থীবদগী কম্ননবা লন তুংশিনগনি, নুপীগী (ইশাগী) করিগুম্বা কত্তবা থোক্লরুবদসু লন অতুনা ঙাকনি অদুগা ইশাবু কম্ননবগীদমক্তি ইচাক-ইরলসু নুপীসু অনিমক থাদোকনি ॥ ২১৩ ॥

পুক্কৈ-লনগৈ ময়েং ত্যাখিল্লকপা, প্রকৃতিগী খুদোংথীবা

উপেতারযুগেরখু সর্বোপায়াংশ্চ কৃৎস্নশঃ।
এতৎ ত্রয়ং সমাশ্রিত্য প্রযতেতার্থসিদ্ধয়ে॥ ২১৫
এবং সর্বমিদং রাজা সহ সম্মন্ত্র্য মন্ত্রিভিঃ।
ব্যায়ামাপ্লুত্য মধ্যাহ্নে ভোক্তুমন্তঃপুরং বিশেৎ॥ ২১৬
তত্রাত্মভূতৈঃ কালজ্ঞৈরহার্যৈঃ পরিচারকৈঃ।
সুপরীক্ষিতমন্নাদ্যমদ্যান্মন্ত্রৈর্বিষাপহৈঃ॥ ২১৭
বিষঘ্নৈরগদৈশ্চাস্য সর্বদ্রব্যাণি যোজয়েৎ।
বিষঘ্নানি চ রত্নানি নিয়তো ধারয়েৎ সদা॥ ২১৮

---

থোক্লকপা ( য়ুহারাবা, নোং-হুংশিৎনংবনচিংবদগী ), মরূপ্না নমথাক তৌবনচিংবা অয়াম্বা খুদোংথীবনা পুল্লপ মতম অমত্তদা থোক্লরবদি অশিংবা নিংথৌনা মতুদা করিস্‌ পূক্লিঙ্‌ শোম্বা তৌদনা অরাবশিং অতু কোক্লনবা কান্ন-কাগবা য়েংতুনা মতম মান্ননা ওইরবসু নত্রগা তোপ্ন-তোপ্নবু ওইরবসু সাম, দান-দণ্ড-নচিংবা নীতি মরিমক শীজিন্ন-গনি॥ ২১৪॥

নিংথৌ মশামকনে, মরৈবাক্তা ফংবা পোৎনে অতুগা সাম, দান-নচিংবা উপাযনে মখল অহুম অসি শীজিন্নতুনা পাঙ্‌থোক্লিঙ্‌বা থবক পাঙ্‌থোক্লবা মপূং ফানা হোৎনগনি॥ ২১৫॥

অসুম তৌনা নিংথৌনা মন্ত্রিনচিংবগা হিরম খুদিঙ্‌মক খন্নরগা গদা হাইবনচিংবা হকচাং-শাজেল তৌবা লোইরগা হুমিৎয়ুংবা মতমদা ঈরুজথোক্তুনা আঙ্কিকনচিংবা তৌরগা চান-থক্লবগীদমক সঙ্গাই মনুংদা লেঙ্‌শিনগনি॥ ২১৬॥

সঙ্গাইনুংদা চঙ্‌লগা মতম খঙ্‌না থোংবা-থাকপা হৈবা, থাজরবা পূজারীশিংনা থোংবা থাকপা, চাং য়েংথোক্তুনা অফবা ফত্তবা খঙ্‌লবা অমদি হু-চেনবনচিংবা ফত্তবা দোষ মাঙ্‌হনবা বেদ মন্ত্রনা শেংদোক্লবা য়েংবদা নিঙ্‌থিজবা অচুম্বা চাক ঈনশাং অতু চাগনি॥ ২১৭॥

নিংথৌনা চাগদবা পোৎ খুদিঙ মক্তা য়াম্না চেকশিন্না মহু চানবা

পরীক্ষিতাঃ স্ত্রিয়শ্চৈনং ব্যজনোদকধূপনৈঃ।
বেশাভরণসংশুদ্ধাঃ স্পৃশেয়ুঃ সুসমাহিতাঃ ॥ ২১৯
এবং প্রযত্নং কুর্ব্বীত যানশয্যাশনাসনে।
স্নানে প্রসাধনে চৈব সর্ব্বালঙ্কারকেষু চ ॥ ২২০
ভুক্তবান্ বিহরেচ্চৈব স্ত্রীভিরন্তঃপুরে সহ।
বিহৃত্য তু যথাকালং পুনঃ কার্য্যাণি চিন্তয়েৎ ॥ ২২১
অলঙ্কৃতশ্চ সম্পশ্যেদায়ুধীয়ং পুনর্জ্জনম্।
বাহনানি চ সর্ব্বাণি শস্ত্রাণ্যাভরণানি চ। ২২২

---

হিদাক-লাংথক থাক্কনি অতুগা নিংথৌ মশামকসু চুগী ফত্তবা ঙাক-থোকপা-ঙম্বা মণিমুক্তানচিংবা ধাতু শিবা-খোৎপা তৌতুনা লৈগনি ॥ ২১৮ ॥

গূঢ়চর ( পাচগুম্বা ) শিংনা নিঙ্থিনা পরীক্ষা তৌরবী, নিয়ম নাইনা ফিজেৎ-লৈতেংবী নূপীশিংনা চামর হুম্বা, থক্কবা ঈশিং লান-শিনবা অমদি ধূপনচিংবা মনম হুংশিবা মৈথুনা য়ৈহনবা অসিনচিংবা নিংথৌগী সেবা তৌগনি ॥ ২১৯ ॥

ফম্ননবা আসন, তুম্ফম হিপফম, চাবা-থকপা, তোংননবা বাহন, হকচাংদা তৈননবা মনম হুংশিবা পোৎ, ঈরু-মায়থজনবা থৌরাঙ অমদি ফিজেৎ-লৈতেং মখল পূম্নমক্কী মরমদা নিঙ্থিনা পরীক্ষা তৌতুনা য়াম্না চেকশিনবা মতৌ তৌগনি ॥ ২২০

চাবা-থকপা লোইরগা নিপাল-থোক্লা খায়দোকপা অয়ুক হুংথিলগী মতমগী ভরেৎশুবা শরাক্তা সঙ্গাই মহুংদা নিংথৌনা লৈম-সীজশিংগা শান্ন-খোৎনহুনা লেল্লগা নিপান শুরকপা মতমগী শরাক্তদি অমুক হন্না মরম্নাই থবক্কী লমদা য়াখল তৌগনি ॥ ২২১ ॥

মথংদা নিংথৌনা ফিজেৎ-লৈতেং তৌরগা খুৎসু-খুৎলাই পায়বা লাম্মীশিং, শগোল, শামু, অসিনচিংবা শাদোং অমসুং থাঙ-ত্লানচিংবা খুৎসু-খুৎলাইশিংবু মথং মথং য়েংগনি ॥ ২২২ ॥

সন্ধ্যাঞ্চোপাস্য শৃণুয়াদন্তর্বেশ্মনি শস্ত্রভৃৎ।
রহস্যাখ্যায়িনাঞ্চৈব প্রণিধীনাঞ্চ চেষ্টিতম্ ॥ ২২৩
গত্বা কক্ষান্তরন্ত্বন্যৎ সমনুজ্ঞাপ্য তং জনম্।
প্রবিশেদ্ভোজনার্থঞ্চ স্ত্রীবৃতোঽন্তঃপুরং পুনঃ ॥ ২২৪
তত্র ভুক্ত্বা পুনঃ কিঞ্চিৎ তূর্য্যঘোষৈঃ প্রহর্ষিতঃ।
সংবিশেৎ তু যথাকালমুত্তিষ্ঠেচ্চ গতক্লমঃ ॥ ২২৫
এতদ্বিধানমাতিষ্ঠেদরোগঃ পৃথিবীপতিঃ।
অস্বস্থঃ সর্ব্বমেতত্তু ভৃত্যেষু বিনিযোজয়েৎ ॥ ২২৬

ইতি মানবে ধর্ম্মশাস্ত্রে ভৃগুপ্রোক্তায়াং
সংহিতায়াং সপ্তমোঽধ্যায়ঃ ॥ ৭ ॥

---

মথংদা য়াচঙ্লকপদা সন্ধ্যাবন্দনা ( লাইতীন খুকম্বনচিংবা ) নচিংবা তৌবা লোইরগা নিংথৌনা খূৎশু-খূৎলাই শাগোম্মনা অচীকপা কা দা চঙ্হুনা পাউ পীবা-মী অমদি অরোন-অথূপ য়েংবা অরোনবা পাউ পুবা মীশিংগী মফমদগী অরোল-অথূপ পূন্নমক তাগনি ॥ ২২৩ ॥

মখোয় অসি চৎহনখ্রবদা নিংথৌনা থৌগল্লোয় ওইবী নূপী-শিংগা লোয়ননা চাবা থকপা তৌনবগীদমক সঙ্গাই মন্নুংদা অমুক হন্না চঙ্গনি ॥ ২২৪ ॥

অহিং য়ুথক অমা মখায়গী মতমদা পূং-শেনগী মুংশিবা মখোল মরক্তা থরায় মুংঙাইনা সঙ্গাই মন্নুংদা নিংথৌনা খরদং চারগা অহিং য়ুথক মখায় অমা হৌখ্রবদা তুমগনি। মথংদা অস্নুন্না পোথারগা অহিংগী অরোইবা যুথক য়োরকপদা হৌগৎকনি ॥ ২২৫ ॥

অস্নুন্না নিংথৌনা মশা নাদ-য়েক্ত্রবদি শাস্ত্রনা হায়বা নিয়ম মখা পোন্না মশামক্তা মরৈবাক ঙাকপগী থবক তৌগনি অদুগা করি-গুম্বদা মশা নাবা য়েকপা তৌরক্লবদি মতিক চাবা অঙম-অথৌশিংদা লৈবাক্কী কোকথোং পূন্নমক শিন্নথোক্কনি ॥ ২২৬ ॥

তরেৎশুবা অধ্যায়গী মৈতৈলোনগী শরুক লোইরে ॥ ৭ ॥

# অষ্টমোঽধ্যায়ঃ

ব্যবহারান্ দিদৃক্ষুস্তু ব্রাহ্মণৈঃ সহ পার্থিবঃ।
মন্ত্রজ্ঞৈর্মন্ত্রিভিশ্চৈব বিনীতঃ প্রবিশেৎ সভাম্ ॥ ১
তত্রাসীনঃ স্থিতো বাপি পাণিমুদ্যম্য দক্ষিণম্।
বিনীতবেশাভরণঃ পশ্যেৎ কার্য্যাণি কার্য্যিণাম্ ॥ ২
প্রত্যহং দেশদৃষ্টৈশ্চ শাস্ত্রদৃষ্টৈশ্চ হেতুভিঃ।
অষ্টাদশসু মার্গেষু নিবদ্ধানি পৃথক্ পৃথক্ । ৩
তেষামাদ্যমৃণাদানং নিক্ষেপোঽস্বামিবিক্রয়ঃ।
সম্ভূয় চ সমুত্থানং দত্তস্যানপকর্ম্ম চ ॥ ৪

---

বাদি বিবাদী অনি খৎনবগী মরমদা চিংনবা অয়াম্বা কোক-হন্নবা শেম্বা থৌওঙ্‌বু 'ব্যবহার' ( মোকদ্দমা ) কৌই। অদুগুম্বা ব্যবহার অদুবু য়েংনিঙ্‌বা নিংথৌনা ব্রাহ্মণ অমসুং রা-লাল খন্নবদা হৈ-শিংবা মন্ত্রিশিংগা লোয়ননা অচম্বা মওঙ্‌দা বিচার সভাদা লেঙ্-শিনগনি ॥ ১ ॥

সভাদা ফমদুনা নত্রগা লেপ্তুনা য়েংকী শেগা ওন্থনা অচম্বা ফিনচিংবা শেৎ-ইন্দুনা বাদি-বিদাদী অনিগী তৌনরিবা পূন্নমক য়েংবিগনি ॥ ২ ॥

মথল ১৮ শুবা খৎন-চৈনবগী মরমদা লৈবা রায়েন পূন্নমক হুমিং খুদিঙ্‌গী দেশ-জাতি-অমদি মাগী মাগী ফুৱাপনচিংবগী চৎনবী মতুংইন্না অমদি শাস্ত্রগী মত মতুংইন্না সাক্ষী অমসুং ইন-খোৎনবা লাইরিক লাইশুনচিংবগী প্রমাণনা তোপ্পা তোপ্পা বিচার তৌগনি ॥ ৩ ॥

রাথোক ১৮ গী মরম হায়রি—মথল ১৮ গী মন্থুংদা শেন পূরগা শিংদবা, লংথোক হুন্দোকপা ( বিক্ষেপ ), মপু য়াওদনা য়োনবা, শেল খায়নদুনা কারবার তৌমিন্নবা, পীথোকপ্রবা পোৎ অমুক লৌশিনবা ॥ ৪ ॥

বেতনস্যৈব চাদানং সংবিদশ্চ ব্যতিক্রমঃ।
ক্রয়বিক্রয়ানুশয়ো বিবাদঃ স্বামিপালয়োঃ ॥ ৫
সীমাবিবাদধর্ম্মশ্চ পারুষ্যে দণ্ডবাচিকে।
স্তেয়ঞ্চ সাহসঞ্চৈব স্ত্রীসংগ্রহণমেব চ ॥ ৬
স্ত্রীপুংধর্ম্মো বিভাগশ্চ দ্যূতমাহ্বয় এব চ।
পদান্যষ্টাদশৈতানি ব্যবহারস্থিতাবিহ ॥ ৭
এষু স্থানেষু ভূয়িষ্ঠং বিবাদং চরতাং নৃণাম্।
ধর্ম্মং শাশ্বতমাশ্রিত্য কুর্য্যাৎ কার্য্যবিনির্ণয়ম্ ॥ ৮
যদা স্বয়ং ন কুর্য্যাৎ তু নৃপতিঃ কার্য্যদর্শনম্।
তদা নিযুঞ্জ্যাদ্বিদ্বাংসং ব্রাহ্মণং কার্য্যদর্শনে ॥ ৯

---

মীনাইশিংগী তলব পীবিদবা, অখঙ্-অহৈশিংনা লেপ্পরবা য়ারেপ থুগায়বা, পোৎ লৈবা য়োনবা তৌরগা মমৈদা মহুগী ওন্না-তৈনবা থবক তৌরকপা, শা-ষণ মপুগা মহু শেন্নবা মীগা খৎনবা ॥ ৫ ॥

লৌ-ইংখোল তাইনফমগীদমক খৎনবা, অথীবা য়াহৈনা চৈ-থাংনবা (বাক্‌পারুষ্য), ফূন-চৈনবা (দণ্ড পারুষ্য), পোৎ হুরানবা, মীগী মপোৎ মুনবা, নূপীনা অতোপ্পা নিপা ঙাঙ্‌নবা (মরুপ্পী থম্বা) ॥ ৬ ॥

নিপা নূপীগী মথৌ, জ্বার শান্নবা, মপা মপুগী মরল য়েন্থোক্লবা অমদি শেল থানত্থনা উচেক অনি তুনহনবা নত্রগা শা মশেল য়াইন-হনবা— অসুম্না মখল ১৮ নি ॥ ৭ ॥

অসিগুম্বা মখল ১৮ অসিগী য়াহৌদগী মীওইবগী মখল মখা অয়াম্বা য়াথোক ওইরকই। নিংথৌনা হুমিৎ থুদিঙ্ তৌফম থোকপা মথৌগী মহুংচন্না থবক পূম্নমক অসি লেপকদবনি ॥ ৮ ॥

নিংথৌ মশামক্না পূম্নমক অসি য়েংবা ঙমলোইদবা লৈরবদি মহৈ লৈবা ব্রাহ্মণদা শিন্থোক্লনি ॥ ৯ ॥

সোঽস্য কার্য্যাণি সম্পশ্যেৎ সভ্যৈরেব ত্রিভির্বৃতঃ।
সভামেব প্রবিশ্যাগ্র্যামাসীনঃ স্থিত এব বা ॥ ১০
যস্মিন্ দেশে নিষীদন্তি বিপ্রা বেদবিদস্ত্রয়ঃ।
রাজ্ঞশ্চাধিকৃতো বিদ্বান্ ব্রাহ্মণস্তাং সভাং বিদুঃ ॥ ১১
ধর্ম্মো বিদ্ধস্ত্বধর্ম্মেণ সভাং যত্রোপতিষ্ঠতে।
শল্যঞ্চাস্য ন কৃন্তন্তি বিদ্ধাস্তত্র সভাসদঃ ॥ ১২
সভাং বা ন প্রবেষ্টব্যং বক্তব্যং বা সমঞ্জসম্।
অব্রুবন্ বিব্রুবন্ বাপি নরো ভবতি কিল্বিষী ॥ ১৩
যত্র ধর্ম্মো হ্যধর্ম্মেণ সত্যং যত্রানৃতেন চ।
হন্যতে প্রেক্ষমাণানাং হতাস্তত্র সভাসদঃ। ১৪

---

অদুগুম্বা ব্রাহ্মণ অদুনা অতোপ্পা ফম্নাইবা অহুমগা লোয়ননা বিচার শঙ্দা ফমদুনা নত্রগা লেপ্তুনা নিংথৌগী মহুৎশিন্না থবক তৌগনি ॥ ১০ ॥

অসিগুম্বা সভা অসিদা বেদ অহুমগুনা হৈবা ফম্নাইবা ব্রাহ্মণ অহুমগা নিংথৌগী মহুৎশিনবা মথক্তা হায়খ্রবা ব্রাহ্মণ অদুগা মী মরি অসি তিল্লবদি পণ্ডিতশিংনা মদুবু 'ব্রহ্মসভা' হায়না কৌনৈ ॥১১॥

সভাদা ওইদবা ভাঙ্বগী অধর্ম্মনা অচুম্বা ভাঙ্বগী ধর্ম্মবু নমথৎখিবা থোক্লবদি অচুম্বা রায়েননা পাপকী মশক ওইরবা অধর্ম্ম অদুবু মাঙ্হন্দুনা অচুম্বা থিদুনা পুথোক্ত্রবদি সভা ফমলিবা ফম্নাই-ফানাইবা পুম্নমক অদু অধর্ম্মনা লাকশিনখি ॥ ১২ ॥

য়াথং ফংদনা সভাদা কনাসু চঙ্বা য়াদে ; করিগুম্বদা চঙ্দুনা বিচার তৌবা মীগী অশোয়বা উরবদি মানা অখঙ্বা হিরম পুম্নমক হায়দুনা অচুম্বদু ফোংদোক্কনি ; বিচারপতিনা করিগুম্বা থন্না হংবদা চুম্না চুম্না খুমগনি। মফম অদুদা লৈনা লৈনা ভুমিন লৈথোকপা নত্রগা ওইদবা হায়রবদি পাপ শোয়দনা মপুরে ॥ ১৩ ॥

বিচারপতিগী মমাঙ্মক্তদা অধর্ম্মনা ধর্ম্মবু অদুগা চুমদবনা অচুম্ববু মাঙ্হনবা সভা অদুদি বিচারপতি মশামক্তা অমাঙ্বনি ॥১৪॥

ধর্ম্ম এব হতো হন্তি ধর্ম্মো রক্ষতি রক্ষিতঃ।
তস্মাদ্ধর্ম্মো ন হন্তব্যো মা নো ধর্ম্মো হতোহবধীৎ ॥১৫
বৃষো হি ভগবান্ ধর্ম্মস্তস্য যঃ কুরুতে হ্যলম্।
বৃষলং তং বিদুর্দেবাস্তস্মাদ্ধর্ম্মং ন লোপয়েৎ ॥ ১৬
এক এব সুহৃদ্ধর্ম্মো নিধনেহপ্যনুযাতি যঃ।
শরীরেণ সমং নাশং সর্ব্বমন্যদ্ধি গচ্ছতি ॥ ১৭
পাদোহধর্ম্মস্য কর্ত্তারং পাদঃ সাক্ষিণমৃচ্ছতি।
পাদঃ সভাসদঃ সর্ব্বান্ পাদো রাজানমৃচ্ছতি ॥ ১৮
রাজা ভবত্যনেনাস্তু মুচ্যন্তে চ সভাসদঃ।
এনো গচ্ছতি কর্ত্তারং নিন্দার্হো যত্র নিন্দ্যতে ॥ ১৯

---

ধর্ম্মবু মাঙ্ হনবা মী অত্তুদি ধর্ম্মনা মাবু মাঙ্ হল্লি, ধর্ম্মবু ঙাক্লগা ধর্ম্মনা মাবুসু ঙাকপি, মরম অত্তুনা কৈদৌঙৈদসু ধর্ম্মগী রাংমা লানবা থবক তৌরোইদবনি—হায়বদি থৌশাদনা হন্দোক্লম্লবা ধর্ম্ম অত্তুনা ঐখোয়বু মাঙ হম্নবা তৌরোইদবনি ॥ ১৫ ॥

অপাম্বা পুম্নমকপু খীকথবীরকই হায়তুনা ধর্ম্মবু 'বৃষ' হায়না কৌই। অসিগুম্বা ধর্ম্মদা লান্না চৎপা মীবুনা 'বৃষল' হায়না কৌই। মরম অত্তুনা ধর্ম্মবু থক মাঙ্ হনবা হৌন্দে ॥ ১৬ ॥

থরায় পানবনা শিরবদসু ধর্ম্মতনা মতুং ইনবি, অত্তুগা মাগীনি হায়তুনা লৈজরম্বা অতৈ পুম্নমক্তি মশাগা লোয়নননা মাঙ্ মিম্নখি, মরম অত্তুনা ধর্ম্মতনা থরায় পানবগী অমত্তা ঙায়বা মরূপনি ॥ ১৭ ॥

অরানবা বিচারদগী পোক্লকপা পাপ পুম্নমক অত্তুগী শরূক মরি থোকপগী শরূক অমনা লান্না রাকৎপা মীনা ফংই, শরূক অমনা মিথ্যাসাক্ষী (অশেম্বা সাক্ষী) পীবা মীনা ফংই; শরূক অমনা সভা অত্তুগী কম্মাইবা পুম্নমক্না ফংই, শরূক অমনা নিংথৌ মশানা ফংই ॥ ১৮ ॥

নিন্দা তৌনফম থোকপা মীবু মপুং ফানা নিন্দা তৌনবা সভা

জাতিমাত্রোপজীবী বা কামং স্যাদ্ব্রাহ্মণব্রুবঃ।
ধর্ম্মপ্রবক্তা নৃপতের্ন তু শূদ্রঃ কথঞ্চন ॥ ২০
যস্য শূদ্রস্তু কুরুতে রাজ্ঞো ধর্ম্মবিবেচনম্।
তস্য সীদতি তদ্রাষ্ট্রং পঙ্কে গৌরিব পশ্যতঃ ॥ ২১
যদ্রাষ্ট্রং শূদ্রভূয়িষ্ঠং নাস্তিকাক্রান্তমদ্বিজম্।
বিনশ্যত্যাশু তৎ কৃৎস্নং দুর্ভিক্ষব্যাধিপীড়িতম্ ॥ ২২
ধর্ম্মাসনমধিষ্ঠায় সংবীতাঙ্গঃ সমাহিতঃ।
প্রণম্য লোকপালেভ্যঃ কার্য্যদর্শনমারভেৎ ॥ ২৩

---

অহুদা কম্বা নিংথৌদি পাপ চঙ্দে, ফম্নাইবশিং অহুস্সু পাপ লঙ্শিন্দে, পাপ-তৌবা মী অহুতনা পাপ ফংই ॥ ১৯ ॥

মতিকচাবা গুণ চেনবা ব্রাহ্মণ ফংদ্রবদি চুম্নগী ব্রাহ্মণগী জাতিদা পোকই হায়বদগী হেন্দবা হায়বদি বেদনা হায়বা থবক অমত্তসু তৌদবা অহুগুম্বা ব্রাহ্মণমকপুস্সু মশাগী ধর্ম্ম তাকপগী মকমদা থমগনি, তৌইগুম্বসুং গুণ পূম্নমকনা তিন্দুনসু, ধর্ম্ম চেনবা অমদি লমচৎ ফজবা ফনমক ওইহুনসু শূদ্রবুদি ফম অসি থক হাপ্পবা য়াদে ॥ ২০ ॥

নিংথৌগী মাঙ্দা শূদ্রনা ধর্ম্মগী অচুম-চুমদগী মরমদা রায়েল্লবদি নিংথৌ অহুগী লৈবাক অহু লৈথোমদা পূথরবা ষণগুম্না থুনমক মাঙ্খিনকই ॥ ২১ ॥

কনাগুম্বা দ্বিজ অমত্তা লৈতবা অহুগা লৈরিবা শূদ্রমথৌ অহুসু নাস্তিক ওাক্তা ওইবা অহুগুম্বা লৈবাক অহুদি চাক্তাঙ্বা অমদি মশাক মশাকগী লায়নানা নানহুনা থুনমক মাঙ্নবা ওইরকই ॥ ২২ ॥

নিংথৌনা ফিমচিংবনা মশা কূপশিন্দুনা ধর্ম্মাসন (রায়েন-ফাল) দা ফম্লগা মপূক্কিঙ্ অনি লোঙ্দনা লোকপাল ( মাহুকৈ [illegible] লাই ) শিংবু থুক্রমহুনা থবক য়েংবা হৌগনি হায়বদি বিচার তৌবা হৌরবি ॥ ২৩ ॥

অর্থানর্থাবুভৌ বুদ্ধ্বা ধর্ম্মাধর্ম্মৌ চ কেবলৌ।
বর্ণক্রমেণ সর্ব্বাণি পশ্যেৎ কার্য্যাণি কার্য্যিণাম্॥ ২৪
বাহ্যৈর্বিভাবয়েল্লিঙ্গৈর্ভাবমন্তর্গতং নৃণাম্।
স্বরবর্ণেঙ্গিতাকারৈশ্চক্ষুষা চেষ্টিতেন চ॥ ২৫
আকারৈরিঙ্গিতৈর্গত্যা চেষ্টয়া ভাষিতেন চ।
নেত্রবক্ত্রবিকারৈশ্চ গৃহ্যতেঽন্তর্গতং মনঃ॥ ২৬
বালদায়াদিকং রিক্থং তাবদ্রাজানুপালয়েৎ।
যাবৎ স স্যাৎ সমাবৃত্তো যাবচ্চাতীতশৈশবঃ॥ ২৭
বশাৎপুত্রাসু চৈবং স্যাদ্রক্ষণং নিষ্কুলাসু চ।
পতিব্রতাসু চ স্ত্রীষু বিধবাস্বাতুরাসু চ॥ ২৮

---

নিংথৌনা কান্নবা কান্নদবা অনিমক থন্দুনা অমদি ধর্ম্ম নৎপা নত্তবগী য়াথল মুন্না তৌত্নুনা ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণগী মথং মনাউ নাইনা বাদী বিবাদীগী থবক পূন্নমক মিৎয়েং চঙ্গনি ॥ ২৪ ॥

নিংথৌনা বাদী নত্রগা বিবাদীগী য়াঙাঙ্বদা থোকপা মথোলগী ফিবম, ( স্বর ), মমায মকশিনবনচিংবা মশাগী মচু-মমেন হোংবা, মমায় লূকথবনচিংবা মতৌ, মশাগী ফিবম, মিৎয়েং-নায়েং, মখুৎ হাইদোক-হাইজিন তৌবনচিংবা মপানগী ওইবা খুদমশিং য়েংদুনা মখোয়গী মপূক লেপথোক্কনি ॥ ২৫ ॥

মওঙ্-মতৌ, ইঙ্গিত, শাজৎ, তৌথোরকপা থবক মত্তা, য়াঙাঙ্-শাঙাঙ্ অমদি মায় অমসুং মিৎকী মতৌ য়েংলগা মী অমগী মপূক্কী ভাব লায়না খঙ্বা ঙম্মী ॥ ২৬ ॥

পিতৎ-পাতৎপা ( মমা মপা লৈত্রবা ) য়োকপিনবা লৈত্রবা অঙাংনা বেদ তম্বা লোইহনা গুরুকুলদগী হল্লকগা গৃহস্থাশ্রমদা চঙ্জিনবা ফাওবা নত্রগা মানা মপুং ফানা চাউজিনবা ফাওবা হায়বদি চহি ১৬ শুত্রিবা ফাওবদি অঙাং অহুগী মপা মপুনা থম্মীরম্বা মমল মথুম পূন্নমক অহু নিংথৌনা ঙাকপিগদবনি ॥ ২৭ ॥

মচা পোক্তবী নুপী, মপুরোয়বদা নুপী অমা শিথিহুনা হিংবনবা

জীবন্তীনাস্তু তাসাং যে তদ্ধরেয়ুঃ স্ববান্ধবাঃ।
তাঞ্ছিষ্যাচ্চৌরদণ্ডেন ধার্ম্মিকঃ পৃথিবীপতিঃ॥ ২৯
প্রনষ্টস্বামিকং রিক্‌থং রাজা ত্র্যব্দং নিধাপয়েৎ।
অর্ব্বাক্ ত্র্যব্দাদ্ধরেৎ স্বামী পরেণ নৃপতির্হরেৎ। ৩০
মমেদমিতি যো ব্রূয়াৎ সোঽনুযোজ্যো যথাবিধি।
সংবাদ্য রূপসংখ্যাদীন্ স্বামী তদ্‌দ্রব্যমর্হতি॥ ৩১
অবেদয়ানো নষ্টস্য দেশং কালঞ্চ তত্ত্বতঃ।
বর্ণং রূপং প্রমানঞ্চ তৎসমং দণ্ডমর্হতি॥ ৩২

---

শেনদং হুল্লগা থাদোকপিরবী নূপী, মচা পোক্তবী মপুরোয়বসু লংফৈদা কুইনা লৈগ্রবী নূপী, শাগৈ-নাতৈ লৈত্রবী নূপী, সতী ওইবী নূপী, লুখ্রাবী অমদি নাহুনতা লৈরবী—মখোয় অসিগী মরলসু য়োকপিনবা লৈত্রবা ( অনাথ ওইবা ) অঙাংগী মরলগুম নিংথৌনা ঙাকপিগনি॥ ২৮॥

অসিগুম্বী নূপীশিং অসিনা হিংলিঙৈদা কনাগুম্বা মরূপ-মপাংনা মতাং তৌহুনা মখোয়গী মচাক মরল লৌথোকপিগ্রবদি রায়েন-চৈরাক পায়বা নিংথৌনা মী অদুবু ফাহুনা হূরানবগী দণ্ডি পীহুনা লাকনি॥ ২৯॥

করিগুম্বদা মপু মশক থঙদবা লল-থুম ফংলবদি নিংথৌনা মহু মকম খূদিঙ শীনবা থুংনা ফোংনা লাউথোক্তুনা চহি অহুম ফাওবা সনা লনগৈদা থমজিনগনি। চহি অহুমগী মনুংদা মপু লাক্লবদি মানা মরল অহু ফংজখিগনি। চহি অহুম ফাওবদা মপু চোংথোরক্তবদি নিংথৌনা লল অহু মাগী থবক্তা শীজিন্নথোক-কনি॥ ৩০॥

অহুগা চহি অহুমগী মনুংদা চোংথোরক্তুনা 'লল অসি ঐগীনি' হায়রবা মী অহুদা নিংথৌনা হৌনবী রাহং কয়া হংবদা পোং জুহুগী মশক্ মশীং, অমদি লল অহুগা মরী লৈনবা য়ারী-য়াথোঙ পূম্নমক তশেং-তশেংনা হায়রবা চন্নবদি মী অহুনা লল অহু ফংগনি॥ ৩১॥

আদদীতাথ ষড়্ভাগং প্রনষ্টাধিগতান্নৃপঃ।
দশমং দ্বাদশং বাপি সতাং ধর্মমনুস্মরন্ ॥ ৩৩
প্রনষ্টাধিগতং দ্রব্যং তিষ্ঠেদ্যুক্তৈরধিষ্ঠিতম্।
যাংস্তত্র চৌরান্ গৃহ্ণীয়াৎ তান্রাজেভেন ঘাতয়েৎ ॥ ৩৪
মমায়মিতি যো ব্রূয়ান্নিধিং সত্যেন মানবঃ।
তস্যাদদীত ষড়্ভাগং রাজা দ্বাদশমেব বা ॥ ৩৫
অনৃতন্তু বদন্ দণ্ড্যঃ স্ববিত্তস্যাংশমষ্টমম্।
তস্যৈব বা নিধানস্য সংখ্যায়াল্পীয়সীং কলাম্ ॥ ৩৬

---

অহুগা 'পোৎ অসি ঐগীনি' হায়নদি চোংথোরক্লগা মাঙ্খ্রিবা পোৎ অহুগী মকম, মতম, মশক-মচু অমদি পোৎ অহুগী চাং চুম্না হায়বা ওমত্রবদি নিংথৌনা মী অদুবু লল অহুগা মান্নবা শেলথুম ল্লাকোংহনগনি ॥ ৩২ ॥

অমাঙ্বা পোৎপু নিংথৌনা ওাক্তুনা থম্না মতম অহুগী অতেল অশাং য়েংহুনা নিংথৌনা সাধুশিংগী ধর্ম্ম নিঙ্শিংহুনা ( সাধুশিংনা য়ানবা ধর্ম্ম মতুংইন্না ) লল অহুগী শরূক তরূক থোকপগী শরূক অমা, তরা থোকপগী অমা নত্রগা তরানিথোই থোকপগী অমা লল মপুদগী লৌবা য়াই ॥ ৩৩ ॥

মপু খঙ্দবা পোৎ ফংলবদি মহু নিংথৌদা কৎকদবনি। নিংথৌনা মহু মতিকচাবা মীদা শিন্নহুনা মাঙদনবা থমহনগনি। কনাগুম্বনা মহু হুখ্রবদি হুরানবা অদুবু শামুনা হাত্তোকহনগনি ॥৩৪॥

অসিগুম্বা লৈন্নুংনচিংবদগী ফংবা লল অসিবু কনাগুম্বনা পোৎ অহুগী মকম, মতম, অমদি পোৎ অহুগী মচাংনচিংবা চুম্না হায়হুনা মহাক মশাগীনি হায়বা প্রমাণ তৌরবদি নিংথৌনা মাগী মকমদগী লল অহুগী তরূকগুবা নত্রগা তরানিথোইগুবা শরূক লৌগনি ॥ ৩৫ ॥

ওইদবা হায়হুনা লল অদুবু লৌগদবগী তৌরম্বা মী অহুদি মশাগী লৈজবা মরলগী শরূক নিপান থোকপগী শরূক অমা নত্রগা মাঙ লিবা পোৎ অহুগী শরূক খরগী চাং অহু য়াকোংহনগনি ॥ ৩৬ ॥

বিদ্বাংস্তু ব্রাহ্মণো দৃষ্ট্বা পূর্ব্বোপনিহিতং নিধিম্।
অশেষতোঽপ্যাদদীত সর্ব্বস্যাধিপতির্হি সঃ॥ ৩৭
যন্তু পশ্যেন্নিধিং রাজা পুরাণং নিহিতং ক্ষিতৌ।
তস্মাদ্‌দ্বিজেভ্যো দত্ত্বার্দ্ধমর্দ্ধং কোষে প্রবেশয়েৎ॥ ৩৮
নিধীনান্তু পুরাণানাং ধাতূনামেব চ ক্ষিতৌ।
অর্দ্ধভাগ্ রক্ষণাদ্রাজা ভূমেরধিপতির্হি সঃ॥ ৩৯
দাতব্যং সর্ব্ববর্ণেভ্যো রাজ্ঞা চৌরৈর্হৃতং ধনম্।
রাজা তদুপযুঞ্জানশ্চৌরস্যাপ্নোতি কিল্বিষম্॥ ৪০
জাতিজানপদান্ ধর্ম্মান্ শ্রেণীধর্ম্মাংশ্চ ধর্ম্মবিৎ।
সমীক্ষ্য কুলধর্ম্মাংশ্চ স্বধর্ম্মং প্রতিপাদয়েৎ॥ ৪১

---

বেদ হৈবা ব্রাহ্মণনা হায়দগী লোৎলম-পৈরম্বা করিগুম্বা লন-থুম ফংলুবা থোক্লবদি নিংথৌদা অমুক পীথক্রবসু মশামক্কা অতুম্মক লৌজবা য়াই মরমদি, বেদ হৈবা ব্রাহ্মণদি লন পুম্নমক্কী মপু ওই॥ ৩৭॥

অতুগা নিংথৌনা অসিগুম্বা লন লৈমুংদগী ফংলুবা থোক্লবদি মতুগী তংথায় অমা ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌথোক্লগা তংথায় অমনা মশাগী লনগৈদা হাপচিনগনি॥ ৩৮॥

লৈমুংদা ফুম্নম্বনচিংবা অরোৎপা লন-থুম অমদি সনানচিংবা থোকফম পুম্নমক নিংথৌনা ঙাক্তদবনি; অমসুং লম মপুসু মহাকনি। মরম অদুনা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণশিং মতুনা অতৈনা ফংবা লন-থুমগী শরুক্তি নিংথৌনা তংথায় অমা লৌগদবনি॥ ৩৯॥

হূরানবনা কনাগুম্বগী মরল-মথুম হূরানখ্রবদি নিংথৌনা হূরান-বদগী লৌথত্তুনা লন অতুগী মপুদা পীবিগনি। লন মপু অদুনা ওইনিঙ্‌বা বর্ণসু ওইসনু মপুবু ওইরবদি পীগদবনি। মপুদা পীবিদনা নিংথৌনা লন অদু চাথোক্লবদি মহাক মশামক্কা লন হূরানবগী পাপ অদু ফংই॥ ৪০॥

জাতিগী চৎনবী ধর্ম্ম, লৈবাক লৈবাকী চৎনবী ধর্ম্ম হায়রবদি

স্বানি কর্ম্মাণি কুর্ব্বাণা দূরে সন্তোহপি মানবাঃ।
প্রিয়া ভবন্তি লোকস্য স্বে স্বে কর্ম্মণ্যবস্থিতাঃ॥ ৪২
নোৎপাদয়েৎ স্বয়ং কার্য্যং রাজা নাপ্যস্য পুরুষঃ।
ন চ প্রাপিতমন্যেন গ্রসেদর্থং কথঞ্চন॥ ৪৩
যথা নয়ত্যসৃক্‌পাতৈর্ম্মৃগস্য মৃগয়ুঃ পদম্।
নয়েৎ তথানুমানেন ধর্ম্মস্য নৃপতিঃ পদম্॥ ৪৪
সত্যমর্থঞ্চ সম্পশ্যেদাত্মানমথ সাক্ষিণঃ।
দেশং রূপঞ্চ কালঞ্চ ব্যবহারবিধৌ স্থিতঃ॥ ৪৫

---

অহল্লমন মথং মথং চৎনরক্লবা অতুমদি ওইরগা চৎনবী অতুনা বেদ বিরুদ্ধ ( তায়োম্নবা ) ওইবদি নত্তবা অতুগুম্বা লৈবাক্কী ধর্ম্ম, লল্লোন ইতীরুচিংবা ধর্ম্ম, মপা মপু হাক্তুক্তগী মথং মথং চৎথরক্লবা শাগৈ শাগৈগী চৎনবী ধর্ম্ম—হায়রিবা ধর্ম্ম পুন্নমক অসিদা কুপ্না য়েংশিন-বীতুনা নিংথৌনা মাগী মাগী ওইবা ধর্ম্মগী তৌফম থোকপা, ঙাকফম থোকপা নিয়ম পুন্নমক শেম্বিগনি॥ ৪১॥

অরাপ্পদা লৈখিতুনসু মরৈবাক, মজাতি অমসুং মাগী মাগী শাগৈগী চৎনবী ( ধর্ম্ম ) অতু কায়দনা ঙাক্তুনা নিত্য-নিমিত্তিক ( মুমিৎ থুদিঙ্গী অমদি করিগুম্বদা থোকপা ) নচিংবা থবক-থনা পাঙ থোকলিবা মীশিং অতুদি মী পুন্নমক্না চানবী॥ ৪২॥

নিংথৌ নত্ত্রগা মাগী থবক তৌবশিংনা শেল পামতুনা প্রজা-শিংগী মরক্তা থৎননবা শীল্লোইদবনি। নত্ত্রগা বাদী-বিবাদী নাইবা রাকৎ অমবু শেল পামতুনা থক লৎনরোইদবনি॥ ৪৩॥

তেননা থারবা অশোকপা মক্‌মদগী তারকপা ঈ-গী থোঙ্গুল লীতুনা শাতানবনা শজিগী লৈফম খঙ্‌বগুম নিংথৌসু মিৎনা হেক হকথেংননা উহৌবগী প্রমাণ কংত্রবদা অনুমাননা অশেংবা হিন্নম লেপ্‌কনি॥ ৪৪॥

বিচার তৌবদা নিংথৌনা সত্য ( অচুম্বা ), অর্থ ( সনা-লুপান-চিংবা সম ), আত্মা ( মহাক মশামকী ওইরকপা স্বর্গ অমদি নরক-

সদ্ভিরাচরিতং যৎ স্যাদ্ধার্ম্মিকৈশ্চ দ্বিজাতিভিঃ।
তদ্দেশকুলজাতীনামবিরুদ্ধং প্রকল্পয়েৎ ॥ ৪৬
অধমর্ণার্থসিদ্ধ্যর্থমুত্তমর্ণেন চোদিতঃ।
দাপয়েদ্ধনিকস্যার্থমধমর্ণাদ্বিভাবিতম্ ॥ ৪৭
যৈর্যৈরুপায়ৈরর্থং স্বং প্রাপ্নুয়াদুত্তমর্ণিকঃ।
তৈস্তৈরুপায়ৈঃ সংগৃহ্য দাপয়েদধমর্ণিকম্ ॥ ৪৮
ধর্ম্মেণ ব্যবহারেণ ছলেনাচরিতেন চ।
প্রযুক্তং সাধয়েদর্থং পঞ্চমেন বলেন চ ॥ ৪৯

---

কী ফিবম য়েংহ্না ), অচুম্বা সাক্ষী, মকম, মতম অমসুং ফিবম—পুন্নমক অসি মুন্না য়েংহ্না চংকদবনি ॥ ৪৫ ॥

সাধু ওইবা মীশিংনা অমদি ধর্ম্ম চেনবা ব্রাহ্মণশিংনা চংনবা লমচং-ব্যবহারনচিংবা অহ্না লৈবাক্কী, শাগেগী নত্রগা জাতিগী ধর্ম্মগা কায়নদবা ওইরবদি মহুমক চংননবা ব্যবস্থা তৌগনি ॥ ৪৬ ॥

শেল মপুনা শেন্দোনবা মীদগী শেল তানথোকপীনবা নিংথৌদা রাকংলরবদা, নিংথৌনা সাক্ষী ( উহৌ-খঙ্ হোবা মী ), অমদি ইনথিবা লাইরিক-লাইশুনচিংবা য়েংহ্না মহুগী অচুম্বা লেপ্পগা শেন্দোনবা মী অদুবু শেমুদা মাগী শেল অহু শিংদোকহনগনি ॥৪৭॥

অসিগুম্বা শেন্দোন লৌথংনবগী মরমদা হায়দগী লেপ্নূনা লৈরবা, শেম্মুনা শেল থোক্লবা শীজিন্নবা য়াবা পাম্বেশিং পুন্নমক অহু শীজিন্নহ্না নিংথৌনা শেম্মুগী শেল শিংহনবীগনি ॥ ৪৮ ॥

শেল থৌদোক্লবা পাম্বেশিংদি—অহানবদা ধর্ম্মগী লম্বেন্দা হায়বদি মরূপ-মপাংনচিংবগী পাউতাক্লা, অনিশুবদা—ব্যবহারনা হায়বদি সাক্ষি, ইনবা চে-সুং, অমদি রাশকপনচিংবা তৌহ্না প্রমাণ তৌরগা, অহুমশুবদনা তাং-পা তৌহ্না হায়বদি লৌশিংগী পাম্বেনা, মরিশুবদা—শেল তোনবা মীগী মহূ-মচা, মশল-মরোকনচিংববু ফাহ্না পুরক্লগা ওৎপা-নৈবা তৌহ্না অমদি মাগী চংথোক-চৎথিন

যঃ স্বয়ং সাধয়েদর্থমুক্তমর্থোহভ্যর্থিকাৎ।
ন স রাজ্ঞাভিযোক্তব্যঃ স্বকং স সাধয়ন্ ধনম্॥ ৫০
অর্থেহপব্যয়মানন্তু করণেন বিভাবিতম্।
দাপয়েদ্ধনিকস্যার্থং দণ্ডলেশঞ্চ শক্তিতঃ। ৫১
অপহ্নবেহধমর্ণস্য দেহীত্যুক্তস্য সংসদি।
অভিযোক্তা দিশেদ্দেশ্যং করণং বান্যদুদ্দিশেৎ॥ ৫২
অদেশ্যং যশ্চ দিশতি নির্দ্দিশ্যাপহ্নুতে চ যঃ।
যশ্চাধরোত্তরানর্থান্ বিগীতান্ নাববুধ্যতে॥ ৫৩

লম্বী থিংহনা—মঙাঙবদনা পাংগল শীজিন্নবা হায়বদি য়ৈবা চৈবা তৌহনা—উপায়শিং অসিনা শেন্থুনা শেন্দোনবা মীদগী মশাগী মরল ফংনবা হোৎনবা য়াই॥ ৪৯॥

মথক্কী উপায়শিং অসি তৌহনা শেন্দোন লৌনবা হোৎনবা শেন্থু অদুবু নিংথৌনা অরানবা শীরোইদবনি॥ ৫০॥

'ঐদি নঙ্গী শেন তোন্দে' হায়শিন্নহনা শেন্দোনবা মীনা শেন্থুগী শেন শিংদনবা মীরৈহৎ তৌরবদি অহুগা শেন্থু অহুনা সাক্ষী-সাবোদ অমদি ইনখিবা চে-হুংনচিংবনা মাগী শেন তোনবা অশেংবনি হায়না প্রমাণ তৌবা ঙম্নবদি শেন্দোনবা মী অদুবু নিংথৌনা ওইদবা তৌবগী দণ্ড পীগনি॥ ৫১॥

বিচারশঙ্না 'মীগী মশেল শিংদোকথো' হায়ববা ফাওবদা 'শেল পুবা লৈতে' হায়না য়াল্লবদা শেন্থুনা শেন পুবা মতমদা থঙ্হৌ-উহৌবা সাক্ষী, দলিন নত্রগা অতোপ অতোপ্পা প্রমাণ-নচিংবা পুথোক্কনি॥ ৫২॥

য়াকৎলিবা মী অহুনা—ঘটনা থোকপা মফমদা লৈরমদবা মীবু বিচার শঙ্দা সাক্ষী ওইনা পুথোক্লবা, নত্রগা হান্নদি সাক্ষীনি হায়রগা মমৈদনা নত্তে হায়রক্লবা; অমদি বাদী মশাগী য়াকৎশিং অঙাংনবা চাদবা অহুগা থক-খা য়েংবদা ইশোয় শোয়নবা মত্তৌ অহু

অপদিষ্টাপদেশ্যঞ্চ পুনর্যস্ত্বপধাবতি।
সম্যক্ প্রণিহিতঞ্চার্থং পৃষ্টঃ সন্নাভিনন্দতি ॥ ৫৪
অসম্ভাষ্যে সাক্ষিভিশ্চ দেশে সম্ভাষতে মিথঃ।
নিরুচ্যমানং প্রশ্নঞ্চ নেচ্ছেদ্‌যশ্চাপি নিষ্পতেৎ ॥ ৫৫
ব্রূহীত্যুক্তশ্চ ন ব্রূয়াদুক্তঞ্চ ন বিভাবয়েৎ।
ন চ পূর্ব্বাপরং বিদ্যাৎ তস্মাদর্থাৎ স হীয়তে ॥ ৫৬
সাক্ষিণঃ সন্তি মেত্যুক্ত্বা দিশেত্যুক্তো দিশেন্ন যঃ।
ধর্ম্মস্থঃ কারণৈরেতৈর্হীনং তমপি নির্দ্দিশেৎ ॥ ৫৭
অভিযোক্তা ন চেদ্‌ব্রূয়াদ্বধ্যো দণ্ড্যশ্চ ধর্ম্মতঃ।
নচেৎ ত্রিপক্ষাৎ প্রব্রূয়াদ্ধর্ম্মং প্রতিপরাজিতঃ ॥ ৫৮

---

মশানা খণ্ডত্রবা অতুগুম্বা মী অতুদি মশানা তৌজবা অরানবা অতুমকুনা মাগী রাকং অতু মাঙ জৈ ॥ ৫৩ ॥

নত্রগা মরু ওইবা হিরম অতু অমুক হায়খ্রবা তুংদা ফৈরেংননা অমুক হায়রক্লবদি নত্রগা মশানা পূময়া য়াথোকখ্রবা রাকম্বু হংলকপা মতমদনা অমুক য়ারকুবা অসিগুম্বা বাদীগী রাকংতি লৌফদে ॥৫৪॥

নত্রগা অচীকপদা সাক্ষীগা রা তান্নবা, অমদি অঙম্বনা হংলগা রাহংগী পাউথুম পীদবা, অহোয়নতুম সভাদগী চথোকখিবা অসিগুম্বা বাদীগী মন্নাদি লৌফদে ॥ ৫৫ ॥

নত্রগা করিগুম্বা অমা হায়য়ু হায়বদা হায়দবা নত্রগা মাগী রাকং অতু প্রমাণ পীতুনা অশেংবা উত্রবা নত্রগা মকোক মথং নাইনা লেংশিনবা ঙমদবা হায়বদি থক-থা ইশোয় শোয়না রা ঙাঙবা, অসিগুম্বা বাদী অতুদি মাগী রাকং অতুদা মপুক্লিঙ্ থুংবা থক ঙমদে ॥ ৫৬ ॥

মশাগী সাক্ষী লৈ হায়রগা সভাদা পুথোকপ্পদি ঙমদব অসি-গুম্বা বাদীবুসু বিচার তৌরিবা মীনা মাগী রাকং অতুগী কল কংহল্লোইদবনি ॥ ৫৭ ॥

রাকংতি থাংগৎলগা জবাব লৌবা মতমদনা বাদীনা করিসু

যো যাবন্নিহ্নুবীতার্থং মিথ্যা যাবতি বা বদেৎ ।
তৌ নৃপেণ হ্যধর্মজ্ঞৌ দাপ্যৌ তদ্দ্বিগুণং দমম্ ॥ ৫৯
পৃষ্টোঽপব্যয়মানস্তু কৃতাবস্থো ধনৈষিণা ।
ত্র্যবরৈঃ সাক্ষিভির্ভাব্যো নৃপ-ব্রাহ্মণসন্নিধৌ ॥ ৬০
যাদৃশা ধনিভিঃ কার্য্যা ব্যবহারেষু সাক্ষিণঃ ।
তাদৃশান্ সম্প্রবক্ষ্যামি যথা বাচ্যমৃতঞ্চ তৈঃ ॥ ৬১
গৃহিণঃ পুত্রিণো মৌলাঃ ক্ষত্রবিট্‌শূদ্রযোনয়ঃ ।
অর্থ্যুক্তাঃ সাক্ষ্যমর্হন্তি ন যে কেচিদনাপদি ॥ ৬২

---

হায়রক্ত,বদি বিচার তৌরিবা মীনা হিরম অতুগী অরাম-অয়াং রেংনা ফুবা-চৈবা নত্রগা মথরায়মক হাৎপা ফাওবা য়ৌনা মহাক অদুবু দণ্ডি তৌগনি, অতুগা থা অহুম ফাওবদা রায়েন শঙ্‌দা লাক্তুনা করিস্সু হায়রত্রবদি অঙম্বনা মহাকপু রায়েন-চৈরাক মতুংইন্না মন্নাল পীগনি ॥ ৫৮ ॥

বিবাদীনা বাদীগী নমথাক তৌরিবা শেল অতুপ নত্রগা বাদীনা অরানবা রাকৎতা পল্লিবা শেল মশীং অতুপ ধর্ম্ম কায়বা থবক তৌবগীদমক নিংথৌনা শেনশীং অতুগী শরুক ২। ২ লাকখত্তুনা মী মী অদুবু রাকোংহনগনি ॥ ৫৯ ॥

শেম্মুনা রাকৎপা মতুংইন্না নিংথৌ মনাইশিংনা রায়েনশঙ্‌দা পুরক্লবা শেন্দোনবা মী অতুনা অঙম্বনা হংবদা 'ঐদি শেল পুবা লৈতে" হায়না য়াত্রবদি শেম্মু অদুবু য়ামত্রবদা সাক্ষী অহুমথক পীহন্দুনা মাগী রাকৎ অতু অচুম্বনি হায়বা প্রমাণ তৌহনগনি ॥ ৬০ ॥

মহর্ষি ভৃগুনা হায়রকই—"শেন পুথোকপা (মহাজন) মীশিংনা শেন পীবা মতমদা ওইহনগদবা সাক্ষী, অতুগা সাক্ষীশিং অতুনা শক্তদবা রাশরুচিংবতু হায়গে, নথোয়না তাবিয়ু" ॥ ৬১ ॥

নুপী থিরবা, মচা পোক্লবা, দেশ অমত্তদা লৈমিন্নবা ক্ষেত্রি, বৈশ্য অমসুং শূদ্র—বর্ণ অহুমগী মী পুম্নমক বাদীনা হায়জরবদি সাক্ষী ওইবা য়াই। খুদোংথীবা মতম নত্তবা হায়বদি:-য়েন-শুনবন-

আপ্তাঃ সর্ব্বেষু বর্ণেষু কার্য্যাঃ কার্য্যেষু সাক্ষিণঃ।
সর্ব্বধর্ম্মবিদোঽলুব্ধা বিপরীতাংস্তু বর্জ্জয়েৎ ॥ ৬৩
নার্থসম্বন্ধিনো নাপ্তা ন সহায়া ন বৈরিণঃ।
ন দৃষ্টদোষাঃ কর্ত্তব্যা ন ব্যাধ্যার্ত্তা ন দূষিতাঃ ॥ ৬৪
ন সাক্ষী নৃপতিঃ কার্য্যো ন কারুককুশীলবৌ।
ন শ্রোত্রিয়ো ন লিঙ্গস্থো ন সঙ্গেভ্যো বিনির্গতঃ ॥ ৬৫
নাধ্যধীনো ন বক্তব্যো ন দস্যুর্ন বিকর্ম্মকৃৎ।
ন বৃদ্ধো ন শিশুর্নৈকো নান্ত্যো ন বিকলেন্দ্রিয়ঃ ॥ ৬৬

---

চিংবগী রাথোক নত্রবদি অতোপ্পা মতমদদি মী অমবু হেক্কমক সাক্ষী ওইহল্লোইদবনি ॥ ৬২ ॥

বর্ণ পুম্নমক্কী মরক্তা—অচুম্বা ঙাঙ্বা, অপাম-মিহৌ চাউদবা অমদি ধর্ম্ম পুম্নমক খঙ্বা—অসিগুম্বা মীওইশিংবুদি মকদ্দমাদা সাক্ষী ওইনা লৌবা য়াই। অদুগা হায়রিবা গুণশিং অসিগা ওন্ন-থৈনবা মীশিংদি থাদোক্কদবনি ॥ ৬৩ ॥

শেল পুথোক-পুশিন তৌনহুনা মরী লৈনরবা মী, মরূপ ওইবা মী, সেবাতৌবা মীনাই-মীশলনচিংবা, য়েক্লবা, হায়দগী হৌনা ওইদবা সাক্ষী পীবনা মথৌ ওইরক্তুনা মশক খঙলবা মী, অনারা অমদি মহাপাতকনচিংবগী দোষ লৈরবা মী মথোয় অসিবু থক সাক্ষী ওইহল্লোইদবনি ॥ ৬৪ ॥

নিংথৌবু সাক্ষী পীহৈদে, পূজারী ওইবা মী, জগোই-শাবা মী, বেদ শুনা হৈবা ব্রাহ্মণ, ব্রহ্মচারী অমদি সন্ন্যাসী—মথোয়মবুসু সাক্ষী ওইনা লৌরোইদবনি ॥ ৬৫ ॥

য়াম্না তোম্বখ্রবা মীনাই, হৌন-চৎন- অমত্তা তৌত্রবা-মীনা হংগোইনরবা মী, মীহাৎ-মীপুন তৌবা মী, তৌহৈদবা তৌবা, অহল অমদি অঙাং, চণ্ডালনচিংবা অতোনবা জাতি, মমিৎ তাঙ্বা, মনা পঙবা, মথোক্ত্ তেকপনচিংবা তৌহুনা ইন্দ্রি শোক্লবা মী—মথোয় [illegible] মী নায়না [illegible] থক সাক্ষী ওইহনকদে ॥ ৬৬ ॥

নার্ত্তো ন মত্তো নোন্মত্তো ন ক্ষুত্তৃষ্ণোপপীড়িতঃ।
ন শ্রমার্ত্তো ন কামার্ত্তো ন ক্রুদ্ধো নাপি তস্করঃ ॥ ৬৭
স্ত্রীণাং সাক্ষ্যং স্ত্রিয়ঃ কুর্য্যুর্দ্বিজানাং সদৃশা দ্বিজাঃ।
শূদ্রাশ্চ সন্তঃ শূদ্রাণামন্ত্যানামন্ত্যযোনয়ঃ ॥ ৬৮
অনুভাবী তু যঃ কশ্চিৎ কুর্য্যাৎ সাক্ষ্যং বিবাদিনাম্।
অন্তর্বেশ্মন্যরণ্যে বা শরীরস্যাপি চাত্যয়ে ॥ ৬৯
স্ত্রিয়াপ্যসম্ভবে কার্য্যং বালেন স্থবিরেণ বা।
শিষ্যেণ বন্ধুনা বাপি দাসেন ভৃতকেন বা ॥ ৭০
বালবৃদ্ধাতুরাণাঞ্চ সাক্ষ্যেষু বদতাং মৃষা।
জানীয়াদস্থিরাং বাচমুৎসিক্তমনসাং তথা ॥ ৭১

---

অরা-অনা নংলবা, য়ুনচিংবা থক্লনা ভাওরবা, অঙাওবা, অরাম-খৌবাংবনা লাকহৎলবা, লম চৎপদা মশা চোকথরবা, কামদা লুপ্লবা মী, শাউরবা অমদি হুরানবা—মখোয় অসিবুস্তু সাক্ষী ওই-হল্লোই ॥ ৬৭ ॥

নুপী মশেল থৎনরবদি নুপীনা সাক্ষী ওইগনি, দ্বিজশিংগী সাক্ষীনা মান্নবা দ্বিজনা ওইগনি; শূদ্রশিংগী সাক্ষীনা সাধু ওইবা শূদ্রনা ওইগনি, অহুগা চণ্ডালনচিংবগী সাক্ষীনা চণ্ডালনচিংবা অতোনবা জাতীতনা ওইগনি ॥ ৬৮ ॥

অহুগা ইমুং মহুংদা নত্রগা উমং-রামংদা, হুরানবনচিংবনা তৌবা উপদ্রবকী মতমদা নত্রগা আততায ওইবা মীওইনা মীহাৎ-মীপুন তৌরবা মতমদদি—থৌদোক অহু উবা খঙবা কনাগুম্বা মীওই অমনস্তু হেক্তেমক সাক্ষী ওইবা য়াই ॥ ৬৯ ॥

অসিগুম্বা মতমদা মগুণ চেনবা সাক্ষী ফংদ্রবদি নুপী, অঙাং, অহল, শিষ্য, মরূপ-মপাং, ফুংগানাই নত্রগা চুম্নগী মীনাইনস্তু তশেংনা উহৌবা ওইরবদি সাক্ষী পীবা য়াই ॥ ৭০ ॥

অঙাং, অহল অমদি অনাবা—মখোয় অসিদি ইথক-থকচানবনা মখোয়গী হৌনগা ওইরনা মীনম্বা হেক হায়দোরকপা য়াই;

সাহসেষু চ সর্ব্বেষু স্তেয়সংগ্রহণেষু চ।
বাগ্দণ্ডয়োশ্চ পারুষ্যে ন পরীক্ষেত সাক্ষিণঃ ॥ ৭২
বহুত্বং পরিগৃহ্লীয়াৎ সাক্ষিদ্বৈধে নরাধিপঃ।
সমেষু তু গুণোৎকৃষ্টান্ গুণিদ্বৈধে দ্বিজোত্তমান্ ॥ ৭৩
সমক্ষদর্শনাৎ সাক্ষ্যং শ্রবণাচ্চৈব সিধ্যতি।
তত্র সত্যং ব্রুবন্ সাক্ষী ধর্ম্মার্থাভ্যাং ন হীয়তে ॥ ৭৪
সাক্ষী দৃষ্টশ্রুতাদন্যদ্বিব্রুবন্নার্য্যসংসদি।
অবাঙ্নরকমভ্যেতি প্রেত্য স্বর্গাচ্চ হীয়তে ॥ ৭৫

---

মরম অসিনা মখোয় অসিগীসু অহুগা মপূক্নিঙ্ ফৈরেংনরবা ( মপূক লৈতাদবা ) মীগী মরাসু অরেপ্পা লৈতে হায়বসি খঙ্গদবনি। (মরম অহুনা বিচার তৌরিবা মীনা মখোয়গী মরা তারগা অসুমাননা লাক্লুনা অচুম্বা মশক লেপকনি ) ॥ ৭১ ॥

যুম-মৈ-থাবনচিংবা থবক্তা, হুরান-চীম্থীগী থবক্তা, নূপী ফাবদা, থীনা চৈনবদা অমদি য়ৈন-শুনবদদি মথক্তা হায়খ্রবা সাক্ষীশিংবু পরীক্ষা তৌগদবা ওইদে ॥ ৭২ ॥

সাক্ষীগী মরা অনি থোক্লক্লবদি নিংথৌনা অয়াম্বা সাক্ষীগী মরা লৌগনি ; মান্নরগনা মগুণ হেনবা সাক্ষীগী মরানা অচুম্বনি লেপকনি, অহুগা গুণ চেনবা মশেলদা মশীং মান্নরবদনা বেদনা হায়বা থবক মথৈ তৌবা মীগী সাক্ষীনা অচুম্বা ওইনা লৌগনি ॥ ৭৩ ॥

মিৎনা উফম থোক্পা হিরমদি শংশঙ উহৌবনা, তাফম থোক্পা মরমদনা অতাবনা প্রমাণ ওই, অসিগুম্বা থৌদোকশিংদা অচুম্বা ঙাঙ্বা সাক্ষী অহুদি ধর্ম্ম অমসুং অর্থ অনিমক ফংই ॥ ৭৪ ॥

সাক্ষীনা, মানা উহৌবা, তাহৌবহু থুগ্নুনা য়্রায়েন-শঙ্দা ওইদবা অমা হায়রবদি মী অহুনা শিরগা নরক তাম্না মরুলক্না চৎলি অহুগা স্বর্গগী যুংঙাইবহু ফংদনা তোকই ॥ ৭৫ ॥

যত্রানিবদ্ধোঽপীক্ষেত শৃণুয়াদ্বাপি কিঞ্চন।
পৃষ্টস্তত্রাপি তদ্ব্রূয়াদ্ যথাদৃষ্টং যথাশ্রুতম্॥ ৭৬
একোঽলুব্ধস্তু সাক্ষী স্যাদ্বহ্ব্যঃ শুচ্যোঽপি ন স্ত্রিয়ঃ।
স্ত্রীবুদ্ধেরস্থিরত্বাৎ তু দোষৈশ্চান্যেঽপি যে বৃতাঃ॥ ৭৭
স্বভাবেনৈব যদ্ব্রূয়ুস্তদ্গ্রাহ্যং ব্যাবহারিকম্।
অতো যদন্যদ্বিব্রূয়ুর্ধর্মার্থং তদপার্থকম॥ ৭৮
সভান্তঃ সাক্ষিণঃ প্রাপ্তানর্থিপ্রত্যর্থিসন্নিধৌ।
প্রাড্‌বিবাকোঽনুযুঞ্জীত বিধিনানেন সান্ত্বয়ন্॥ ৭৯
যদ্দ্বয়োরনয়োর্বেত্থ কার্যেঽস্মিংশ্চেষ্টিতং মিথঃ।
তদ্ব্রূত সর্বং সত্যেন যুষ্মাকং হ্যত্র সাক্ষিতা॥ ৮০

---

সাক্ষী ওইবীযুদি হায়রব্রবা, মশামরুদি থৌদোক পূম্নমক উহৌ-তাহৌরবা অহুগুম্বা মী অহুদা বিচারপতিনা করিগুম্বা হংলক্ল-বদি মানা উহৌ-তাহৌবহুমক হায়গনি॥ ৭৬॥

অপাম্বা লৈতবা মী ( নিপা ) অমত্তনস্তু সাক্ষী ওইগনি, অহুগা নূপীদি, মথোয়গী মপূক্লিঙ অরেপ্পা লৈতবনা মশীং য়ামহুনস্তু অহুগা ফনমক শেংহুনস্তু সাক্ষী ওইবদা মতিক চাদে। হূরানবী নূপী নত্রগা নিপানা সাক্ষী ওইবা থক য়াদে॥ ৭৭॥

অকি-অথং লৈতনা, মপূক্লিঙ্‌ লৈতানা সাক্ষীনা হায়জবা রা অহুমক নিংথৌনা রাথোক অহুগী রারেপ তাননবা প্রমাণ ওইনা লৌগনি; অকিবনচিংবা করিগুম্বা মরম অমনা মশাগী স্বভাব কায়না হায়রকপা রাহৈশিং অহুদি ধর্ম্মগী রায়েন-থৌদাদা থক লৌরোই-দবনি॥ ৭৮॥

রায়েনশঙ্‌দা বাদী বিবাদীগী মমাঙ্‌দা সাক্ষীশিংবু পুথোক্লগা বিচারপতিনা মথাগী অস্নুম্না তাকপি-তিকপি তৌগনি মহুদি—বাদী-বিবাদী অনিনা খৎনরিবা রাফম অসিদা নখোয়বু সাক্ষী ওইনা পুথোক্লবনা রাথোক অসিগী মরমদা নখোয়না খঙ্‌বহু শেংনা হায়য়ু॥ ৭৯—৮০॥

সত্যং সাক্ষ্যে ব্রুবন্ সাক্ষী লোকানাপ্নোতি পুষ্কলান্।
ইহ চানুত্তমাং কীর্ত্তিং বাগেষা ব্রহ্মপূজিতা ॥ ৮১
সাক্ষ্যেঽনৃতং বদন্ পাশৈর্বধ্যতে বারুণৈর্ভৃশম্।
বিবশঃ শতমাজাতীস্তস্মাৎ সাক্ষ্যং বদেদৃতম্ ॥ ৮২
সত্যেন পূয়তে সাক্ষী ধর্ম্মঃ সত্যেন বর্দ্ধতে।
তস্মাৎ সত্যং হি বক্তব্যং সর্ব্ববর্ণেষু সাক্ষিভিঃ ॥ ৮৩
আত্মৈব হ্যাত্মনঃ সাক্ষী গতিরাত্মা তথাত্মনঃ।
মাবমংস্থাঃ স্বমাত্মানং নৃণাং সাক্ষিণমুত্তমম্ ॥ ৮৪
মন্যন্তে বৈ পাপকৃতো ন কশ্চিৎ পশ্যতীতি নঃ।
তাংস্তু দেবাঃ প্রপশ্যন্তি স্বস্যৈবান্তরপূরুষঃ ॥ ৮৫

---

অচুম্বা সাক্ষী পীবা মী অদুদি শিরগা অফবা লোকতা চৎলি, অদুগা মীরমলেন অসিদনা অথোইবা মিংচৎ ফংই ॥ ৮১ ॥

মিথ্যাসাক্ষী পীবা মী অদুদি নাগপাশ ( লিন্না থৌরী ওইবা না পুন্দুনা শিরুম-নারুম তৌদুনা চহি ১০০ ফাওবা অৱাবা খাঙ্ই, মরম অদুনা সাক্ষী পীবদা অচুম্বতা হায়গদবনি ॥ ৮২ ॥

অচুম্বা সাক্ষী পীরবদি হাম্নগী মপোক্তা মী অদুনা লঙ্শিল্লকপা পাপ্ পূম্নমক কোকই ; অচুম্বা অদুগী মপান্না মাগী ধর্ম্ম চাওথৎ-লকই ; মরম অদুনা সাক্ষী পূম্নমক্না অচুম্বা হায়গদবনি ॥ ৮৩ ॥

ইশা ইশাদা লৈরিবা 'আত্মা' ( ঐ ) অসিনা ঐগী অফ-ফত্তবক পূম্নমকী সাক্ষীনি—হায়রিবা আত্মা অসিনা মীওইবগী কনবী-ঙাকপিবা মপুনি—মরম অদুনা মিথ্যা সাক্ষী ( ওইদবা হায়বা ) পীদুনা খ্বায়দগী হেন্নবা নশাগী সাক্ষী অদুবু থোশাদবা থক তৌগনু ॥ ৮৪ ॥

পাপ তৌবা মীশিংনা মথোয়না তৌরিবা পাপকী থবকশিংগী অদু কনানসু খঙ্দে হায়না খল্লি, মদুদি—নত্তে, মথোয়গী পাপ অদু লাইশিংনেদি উই অদুগা থমুংদা লৈরিবা আত্মানসু মদু খঙ ই ॥ ৮৫ ॥

দ্যৌর্ভূমিরাপো হৃদয়ং চন্দ্রার্কাগ্নিযমানিলাঃ।
রাত্রিঃ সন্ধ্যে চ ধর্ম্মশ্চ বৃত্তজ্ঞাঃ সর্ব্বদেহিনাম্ ॥ ৮৬
দেবব্রাহ্মণসান্নিধ্যে সাক্ষ্যং পৃচ্ছেদৃতং দ্বিজান্।
উদঙ্মুখান্ প্রাঙ্মুখান্ বা পূর্ব্বাহ্নে বৈ শুচিঃ শুচীন্ ॥ ৮৭
ব্রূহীতি ব্রাহ্মণং পৃচ্ছেৎ সত্যং ব্রূহীতি পার্থিবম্।
গোবীজকাঞ্চনৈর্ব্বৈশ্যং শূদ্রং সর্ব্বৈস্তু পাতকৈঃ ॥ ৮৮
ব্রহ্মঘ্নো যে স্মৃতা লোকা যে চ স্ত্রীবালঘাতিনঃ।
মিত্রদ্রুহঃ কৃতঘ্নস্য তে তে স্যুর্ব্রুবতো মৃষা ॥ ৮৯
জন্মপ্রভৃতি যৎকিঞ্চিৎ পুণ্যং ভদ্র ত্বয়া কৃতম্।
তৎ তে সর্ব্বং শুনো গচ্ছেদ্যদি ব্রূয়াস্ত্বমন্যথা ॥ ৯০

---

আতিয়া, লৈবাকলৈমা, ঈশিং, জীবগী আত্মা, তুমিৎ, থা, মৈ, যম, নুংশিৎ, অহিং, সন্ধ্যা অনি ( অমম-অঙান শিন্নবা মতম অনি ) অমসুং ধর্ম্ম—মখোয় অসিদি থরায় পানবশিংনা তৌবা অফবা ফত্তবা থবক পুম্নমক লোইনা খঙ্ই ॥ ৮৬ ॥

বিচারপতিনা মশা শেংনা অয়ুক্কী মতমদা লাইগী মুর্ত্তি মমাঙ্দা নম্রগা ব্রাহ্মণগী মাঙ্দা মশা শেংলবা দ্বিজশিংবু হৌনবী মতুংইন্না সাক্ষীগী মরমদা রা হংগনি ; সাক্ষীশিংনা মতম অতুদা মমায় অন্নাং নম্রগা নোংপোক ওন্না লৈগনি ॥ ৮৭ ॥

সাক্ষী অতনা ব্রাহ্মণ ওইরবদি চুম্নগী 'হায়য়ু' হায়গনি, ক্ষেত্রি ওইরগা 'অচুম্বা হায়য়ু' হায়গনি, বৈশ্য ওইরগনা 'যণ, মহৈ-মরোং অমদি সনা ( পায়হনা নত্রগা চীক্নূনা ) পন্দুনা রাশকতুনা হায়য়ু' হায়হনা বিচার পতিনা রাহং-পাউহংগনি ॥ ৮৮ ॥

শাস্ত্রদা হায়রিবা—ব্রাহ্মণ হাৎপা, নুপী অমদি অঙাং হাৎপা, মন্নপকী মাঙ্নবা তৌবা অমদি তৌবীমল থঙ দবা—মখোয় অসিগী ফংকম থোকপা লোক পুন্নমক অতু ওইদবা হায়বা সাক্ষীনা ফংলুই ॥ ৮৯ ॥

লৈরাক মচা! পোকপদগী হৌনা নহাক্না তানশিন্নরকপা

একোঽহমস্মীত্যাত্মানং যৎত্বং কল্যাণ মন্যসে।
নিত্যংস্থিতস্তে হৃদ্যেষ পুণ্যপাপেক্ষিতা মুনিঃ।। ৯১
যমো বৈবস্বতো দেবো যস্তবৈষ হৃদি স্থিতঃ।
তেন চেদবিবাদস্তে মা গঙ্গাং মা কুরূন্ গমঃ।। ৯২
নগ্নো মুণ্ডঃ কপালেন ভিক্ষার্থী ক্ষুৎপিপাসিতঃ।
অন্ধঃ শত্রুকুলং গচ্ছেদ্ যঃ সাক্ষ্যমনৃতং বদেৎ।। ৯৩
অবাক্‌শিরাস্তমস্যন্ধে কিল্বিষী নরকং ব্রজেৎ।
যঃ প্রশ্নং বিতথং ব্রূয়াৎ পৃষ্টঃ সন্ ধর্ম্মনিশ্চয়ে।। ৯৪
অন্ধো মৎস্যানিবাশ্নাতি স নরঃ কণ্টকৈঃ সহ।
যো ভাষতেঽর্থ-বৈকল্যমপ্রত্যক্ষং সভাংগতঃ।। ৯৫

---

পুণ্য পূম্নমক অহু ওইদবা সাক্ষী পীরবদি হুইনা লোইনা চাথোক-খিগনি ॥ ৯০ ॥

হে য়াইফবা! নহাক্না নথস্তনি হায়না নপুক্লিঙ্‌দা খল্লি, মহুদি অশেংবা নত্তে- পাপ পুণ্যবু শেম্বিরকলিবা পূম্নমক খঙ্‌বা য়াস্তাঙ্‌দবা পরমাত্মানা নঙ্‌গী থম্মোইদা ডান্দুনা লৈরিবনি ॥ ৯১ ॥

নঙ্‌গী থম্মোইদা লৈরিবা বৈবস্বত যমগী মশক ওইবা পরমাত্মা অসি নহাক্না অচুম্বা ডাঙ্‌লবদি নঙ গা মাগা য়েক্নরোই অহুগা মাগা নঙ্‌গা চান্নরা লৈমিন্নরবদি নঙ্‌না গঙ্গা-তীর্থ অমদি কুরুক্ষেত্রদা চৎলুবগী কান্নবা অমুক লৈত্রে ॥ ৯২ ॥

মিথ্যা সাক্ষী পীবা মী অহুদি মথংগী মপোক্তো শেংনা-ইন্নবা ফি কংদে, মশম হোৌদে, অরাম-খোৌরাংবনা লাকহৎলি অমসুং মমিৎ তাঙ্‌হুনা ভিক্ষা কম্বী পায়হুনা য়েক্নবগী থোঙ্‌জীন লেপ্তূনা ভিক্ষা নিরুই ॥ ৯৩ ॥

ধর্ম্ম-ন্যায়েনশঙ্‌দা সাক্ষী ওইনা মরা হংলগা ওইদবা হায়বা পাপী অহুদি মরু লুকথহুনা শূক্ল-মম্নবা নরক তাম্না চৎলি ॥ ৯৪ ॥

বিচার পতিনা কৌহুনা অশেংবা খঙ্‌নবা হোৎনরকপদা উহৌ-তাহৌবমক নত্তবা অমদি শেয়াম্নবা হিরমগী সাক্ষী পীবা মী অহুদি

যস্য বিদ্বান্ হি বদতঃ ক্ষেত্রজ্ঞো নাভিশঙ্কতে।
তস্মান্ন দেবাঃ শ্রেয়াংসং লোকেঽন্যং পুরুষং বিদুঃ ॥৯৬
যাবতো বান্ধবান্ যস্মিন্ হন্তি সাক্ষ্যেঽনৃতং বদন্।
তাবতঃ সংখ্যয়া তস্মিন্ শৃণু সৌম্যানুপূর্ব্বশঃ ॥ ৯৭
পঞ্চ পশ্বনৃতে হন্তি দশ হন্তি গবানৃতে।
শতমশ্বানৃতে হন্তি সহস্রং পুরুষানৃতে ॥ ৯৮
হন্তি জাতানজাতাংশ্চ হিরণ্যার্থেঽনৃতং বদন্।
সর্ব্বং ভূম্যনৃতে হন্তি মাস্ম ভূম্যনৃতং বদীঃ ॥ ৯৯

---

মমিং তাঙ্বগুম্না মল্লাযাওবা-ঙা চাশিঞ্জরে হায়বসি মশানা খঙ্-জদে ॥ ৯৫ ॥

রাঙাঙ্বা মতমদা মাগী থম্মোইদা ঙাম্থোইরিবা খঙদ-উদবা লৈতবা অন্তর্যামী-পুরুষ ( পরমাত্মা ) অহুনা চিংনবা করিসু পোক্তবা মী অহুদি মীরমলেন অসিদা মঙোন্দগী হেনবা মী অমা লৈহ্নি হায়না লাইশিংনা খঙ্নদে ॥ ৯৬ ॥

হে সৌম্য ( লমচৎ ফজবা ), তোঙান-তোঙানবা হিরমগী মিথ্যা-সাক্ষী পীবা মী অহুনা মাঙ্হনবা শাগৈ-নাতৈনচিংবা মরী-মতাশিং অহুগী মীরোল মশীং হায়গে তাও ॥ ৯৭ ॥

শা-শলনচিংবগী মবমদা মিথ্যা সাক্ষী পীবা মী অহুনা মপা-নচিংবা মীরোল মঙাবু নবক তাহল্লি অহুগা মশাসু শাগৈ-নাতৈ মীকোক মঙাবু হাৎপগী পাপ অহু চেল্লি। অসুম তৌহুনা যগগী মরমদা ওইদবা সাক্ষী পীববদি মীরোল ১০ বু চেম্থহল্লি, শগোলগী মরমদা ওইদবা হায়বনা মীরোল ১০০ বু অহুগা মী অমগী মরমদা ওইরগনা মীরোল লীশীং অমবু নরক তাহল্লি, অমদি মীরোল মশীং মশীং অহুক হাৎপগী পাপসু মশাদা চেল্লি ॥ ৯৮ ॥

সনাগী মরমদা মিথ্যা-সাক্ষী পীবদি পোকখ্রবা অমদি পোক্রিবা মীরোলশিংবু মাঙহল্লি ; লৈবাক ( লৌ-ইংখোলনচিংবা ) কী

অশ্ব ভূমিবদিত্যাহুঃ স্ত্রীণাং ভোগেচ মৈথুনে।
অব্জেষু চৈব রত্নেষু সর্ব্বেষশ্মময়েষু চ ॥ ১০০
এতান্ দোষানবেক্ষ্য ত্বং সর্ব্বাননৃতভাষণে।
যথাশ্রুতং যথাদৃষ্টং সর্ব্বমেবাঞ্জসা বদ ॥ ১০১
গোরক্ষকান্ বাণিজিকাংস্তথা কারুকুশীলবান্।
প্রেষ্যান্ বার্দ্ধুষিকাংশ্চৈব বিপ্রান্ শূদ্রবদাচরেৎ ॥ ১০২
তদ্বদন্ ধর্ম্মতোঽর্থেষু জানন্নপ্যন্যথা নরঃ।
ন স্বর্গাচ্চ্যবতে লোকাদ্দৈবীংবাচং বদন্তি তাম্ ॥ ১০৩

---

মরমদা ওইবা মিথ্যা-সাক্ষীনা থরায় পানবা হাৎপগী পাপ পুই—মরম অতুনা লৌ-ইংখোলগী মরমদা থক অরানবা হায়গনু ॥ ৯৯ ॥

পুখ্রীনচিংবা ঈশিংগী মরমদা, নিপা নুপী তিন্নবগী মরমদা (লৈপুন), মুক্তানচিংবা অমদি নুংনচিংবগী মরমদা অমদি বৈদুর্য্যনচিংবা মণিগী মরমদা ওইদবা হায়রবদি লৌ-ইংখোলগী মিথ্যা-সাক্ষীগা মান্নবা পাপ অতু ফংই ॥ ১০০ ॥

মীনম্বা হায়বগী পাপ অসি খণ্ডনা খণ্ডনা নহাক্না কৈদৌঙৈদসু ওইদবা রা ডাওগনু; অউবা-অতাবা অতুতা তশেং তশেংনা হায়য়ু ॥ ১০১ ॥

ষণশেন-ষণডাক তৌবা মী, লল্লোন্দুনা চাবা মী, পূজারী ওইদুনা চাবা মী, জগোই শাবা মী, মীনাই ওইবা মী অমদি সেন্দোই চাবা ব্রাহ্মণ—মখোয় অসিবুদি শূদ্রগুম্না সাক্ষীগী য়াহং হংগনি ॥ ১০২ ॥

মথাদা হায়রক্কদৌরিবা অথম্নবা হিরমশিং অসিদদি খণ্ডনখণ্ডনমক মুংশিবীবনা মরম ওইদুনা শৌয়ানবা অমা হায়রবসু মী অদুগী স্বর্গগী লম্বী থংপা থক লৈতে। অসিগুম্বা য়াডাওবু মহর্ষিশিংনা লাইমক্কী য়াথংনি হায়না লৌনৈ ॥ ১০৩ ॥

শূদ্রবিট্ক্ষত্রবিপ্রাণাং যত্রর্তোক্তৌ ভবেদ্বধঃ।
তত্র বক্তব্যমনৃতং তদ্ধি সত্যাদ্বিশিষ্যতে ॥ ১০৪
বাগ্দৈবত্যৈশ্চ চরুভির্যজেরংস্তে সরস্বতীম্।
অনৃতস্যৈনসস্তস্য কুর্বাণা নিষ্কৃতিং পরাম্ ।১০৫
কুষ্মাণ্ডৈর্বাপি জুহুয়াদ্ ঘৃতমগ্নৌ যথাবিধি।
উদিত্যৃচাবা বারুণ্যা তৃচেনাব্দৈবতেন বা ॥ ১০৬
ত্রিপক্ষাদব্রুবন্ সাক্ষ্যমৃণাদিষু নরোঽগদঃ।
তদৃণং প্রাপ্নুয়াৎ সর্বং দশবন্ধঞ্চ সর্বতঃ ॥ ১০৭
যস্য দৃশ্যেত সপ্তাহাদুক্তবাক্যস্য সাক্ষিণঃ।
রোগোঽগ্নির্জ্ঞাতিমরণমৃণং দাপ্যো দমঞ্চ সঃ ॥ ১০৮

---

অচুম্বা হায়দোক্লরবদি ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য অমদি শূদ্রগী মথল্লায় মাঙ্গদবা লৈরবদি সুংশিবীবদগী মিথ্যা-সাক্ষী পীবা য়াই— অসিগুম্বা মফমদা ঙাঙবা ওইদবা অতুদি অচুম্বদগী হেন্না চুম্বা হেল্লি ॥ ১০৪ ॥

অসিগুম্বা ফিবমদা কবিগুম্বা মিথ্যা-সাক্ষী পীরুরবদি মতুগী পাপ কোক্লনবা চরু থোংলগা য়াহৈগী লাইরেম্বী সরস্বতী দেবীদা হোম তৌতুনা কৎকদবনি ॥ ১০৫ ॥

নত্রগা অসিগুম্বা পাপ অসি কোক্লবগীদমক যজুর্বেদগী কুষ্মাণ্ড-মন্ত্রনা মৈ হৌগৎলগা মৈদা হোম তৌগনি; অমদি "উদুত্তমং" অসিনচিংবা বরুণ দেবতাগী মন্ত্রনা নত্রগা "আপো হিষ্ঠা" নচিংবা ঋক্ মন্ত্র অহুম উচ্চারণ তৌতুনা ঘিনা মৈদা আহুতি পীগনি ॥ ১০৬ ॥

সাক্ষীনা মশা নাবা-য়েকপা তৌদনা শেন্দোন-থুমদোনগী য়াথোক্তা থা অমা-অথায় চুপ্পা সাক্ষী পীরক্রবদি শেন্দোন পুম্নমক অতুগী মানা দায়ী ওইগদবনি অতুগা দাবী তৌরিবা শেন্দোম পুম্নমক অতুগী শরুক ১০ গী শরুক অমসু নিংথৌগী দণ্ড ওইনা থংগদবনি ॥ ১০৭ ॥

সাক্ষী ওইরকপবা মতুং সুমিৎ চহোল অমগী মনুংদা সাক্ষী অদুনা

অসাক্ষিকেষু ত্বর্থেষু মিথো বিবদমানয়োঃ।
ন বিন্দংস্তত্ত্বতঃ সত্যং শপথেনাপি লম্ভয়েৎ ॥ ১০৯
মহর্ষিভিশ্চ দেবৈশ্চ কার্য্যার্থং শপথাঃ কৃতাঃ।
বশিষ্ঠশ্চাপি শপথং শেপে পৈজবনে নৃপে ॥ ১১০
ন বৃথা শপথং কুর্য্যাৎ স্বল্পেঽপ্যর্থে নরো বুধঃ।
বৃথা হি শপথং কুর্ব্বন্ প্রেত্য চেহ চ নশ্যতি ॥ ১১১
কামিনীষু বিবাহেষু গবাং ভক্ষ্যে তথেন্ধনে।
ব্রাহ্মণাভ্যুপপত্তৌ চ শপথে নাস্তি পাতকম্ ॥ ১১২

---

কম্না নাশিল্লক্রবা, মমূম চাক্লকলবা নত্রগা মচা মশূনচিংবা নকুবা শাগৈ শিরকপা য়াওরবদি সাক্ষী অদুবু শেল রাকোংহনবা নত্রগা মতিকচাবা চৈরাক পীগদবনি ॥ ১০৮ ॥

থৎনরিবা মীচঙ্ অনিমক্কী সাক্ষী অমত্তা লৈনদ্রবদি বিচার-পতিনা বাদী-বিবাদীবু মথাগী অস্মুম্না রাশকহনগদবনি ॥ ১০৯ ॥

মহর্ষিশিং ( বেদব্যাসনচিংবা ), অমদি ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংনা চিংনরবা থবক্কী অরেপ্পা থঙ্ননবগীদমক রাশক লৌনখি ; বশিষ্ঠ ঋষিমকসু মশাগী অশেংবা লেপ্পনবগীদমক "পিযবন" কৌবা নিংথৌগী মচানিপা সুদাম নিংথৌগী মফমদা রাশকখি ॥ ১১০ ॥

পণ্ডিত ওইবা মীনা করিসু লৈতবা হিরমগীদমক্তি অরেম্বদা রাশক্লোইদবনি। অরেম্বদা হেক্তমক রাশক্কনবা মী অহুদি মীরমলেন অসিদা মিংচৎ মাঙ্লকই অহুগা শিরগনা নরক তাই ॥ ১১১ ॥

নুপীগী মরমদা মাগী লৈপুন ফংনবগীদমক 'নঙ্না ঐগী চাম-থোইবীনি, অতোপ্পা অমবু ঐনা মুংশিরক্বা লৈত্তে" অস্মুম্না ওইদবা রাশক লৌবহুদি পাপ চঙ্দে। "ঐদি কনাগুম্বগা লুহোঙ্লোই" হায়না লুহোঙ্বগী মরমদা, ষণগী শঙ্গীক হুরানবগী মরমদা, হোমগী শীংনচিংবা হুরানবগী মরমদা অহুগা ব্রাহ্মণবু কন্নবগী মরমদা অরানবা রাশক লৌবদি করিগুম্বা পাপ অমত্তা চঙবা লৈত্তে ॥১১২॥

সত্যেন শাপয়েদ্বিপ্রং ক্ষত্রিয়ং বাহনায়ুধৈঃ ।
গো-বীজ-কাঞ্চনৈর্বৈশ্যং শূদ্রং সর্বৈস্তু পাতকৈঃ ॥১১৩
অগ্নিংবা হারয়েদেনমপ্সু চৈনং নিমজ্জয়েৎ ।
পুত্রদারস্য বাপ্যেনং শিরাংসি স্পর্শয়েৎ পৃথক্ ॥ ১১৪
যমিদ্ধো ন দহত্যগ্নিরাপো নোন্মজ্জয়ন্তি চ ।
ন চার্তিমৃচ্ছতি ক্ষিপ্রং স জ্ঞেয়ঃ শপথে শুচিঃ ॥ ১১৫
বৎসস্য হ্যভিশস্তস্য পুরা ভ্রাত্রা যবীয়সা ।
নাগ্নির্দদাহ রোমাপি সত্যেন জগতঃ স্পশঃ ॥ ১১৬

---

হুজীক য়াশকপগী নিয়ম হায়রি—'ওইদবা হায়রবদি ঐগী অচুম্বা ধর্ম্ম মাঙ্বা ওইসনু," অসুম্না সত্য তৌতুনা ব্রাহ্মণনা য়াশক্কনি, "ওইদবা হায়রবদি ঐগী শগোল-শামুনচিংবা কায়দোং অমদি শাদোংগা লোয়ননা খুৎসু-খূৎলাই পুন্নমক লোইবগী কান্নদবা ওইসনু' অসুম্না ক্ষেত্রি মচানা, "যণ, মহৈ-মরোং, সনা অমত্তসু লৈতবা ওইসনু" অসুম্না বৈশ্যনা, "ঐনা পাপ মখল পুন্নমক ফংবা ওইসনু" অসুম্না শূদ্রনা য়াশক্কনি ॥ ১১৩ ॥

য়াম্না হেন্না হকচিনবা থৌদোক্কাদি শূদ্রনচিংববু মৈ-ঈক্পা য়োংমতুম মথুত্তা পায়হন্দুনা, ঈরুপহন্দুনা, মতু-মচাগী মকোক পায়হন্দুনা পরীক্ষা তৌহনগদবনি ॥ ১৪ ॥

অসুম্না তৌবদা হায়বদি অয়িকপা য়োং-মতুম পায়হনবদা মথূৎ অনিমক পোক্ত্রবা, ঈরুপহনবদা তাউথৎলক্তবা অমদি মতু-মচাগী মকোক শোক্তুনা য়াশকহল্লবদসু মথোয়গী নাবা-য়েকপা থোক্লক্তবা মী অহুদি শেংনা য়াশকপা মীনি হায়না থঙ্নগনি ॥১১৫॥

"শূদ্রনিঙোল মচানি, নঙ্দি ব্রাহ্মণ নত্তে"—অসুম্না লোমবী মমাগী মচানিপা মনাউনিপা অতোম্বনা ঈকাইবা পীরক্লবদা 'বৎস' হায়না কৌবা ঋষিনা "ঐ অশেংবা ব্রাহ্মণনি, মৈদা পরীক্ষা তৌহুনা তাক্কনি" হায়রূনা মশাগী অশেংবা উৎনবগীদমক্তা মৈসুংদা চোংশিল্লবদা, মীগী অচুম-অয়ান পুন্নমক থঙবা মৈ কৌবা লাইনা,

যস্মিন্ যস্মিন্ বিবাদেতু কৌটসাক্ষ্যং কৃতং ভবেৎ।
তত্তৎকার্য্যং নিবর্ত্তেত কৃতঞ্চাপ্যকৃতং ভবেৎ। ১১৭
লোভান্মোহাদ্ভয়ান্মৈত্রাৎ কামাৎ ক্রোধাত্তথৈব চ।
অজ্ঞানাদ্বালভাবাচ্চ সাক্ষ্যং বিতথমুচ্যতে॥ ১১৮
এষামন্যতমে স্থানে যঃ সাক্ষ্যমনৃতং বদেৎ।
তস্য দণ্ডবিশেষাংস্তু প্রবক্ষ্যাম্যনুপূর্ব্বশঃ॥ ১১৯
লোভাৎ সহস্রং দণ্ড্যস্তু মোহাৎ পূর্ব্বন্তু সাহসম্।
ভয়াদ্দ্বৌ মধ্যমৌ দণ্ডৌ মৈত্রাৎ পূর্ব্বং চতুর্গুণম্॥ ১২০

---

মাগী মতু ভুবুম অমা ফাওবা চাকখিদে, মরমদি—মহাক্কী মপোক অদু তশেং তশেংবা ওইখিবনা॥ ১১৬॥

মিথ্যাসাক্ষী পীবা য়াওখ্রে হায়বা খণ্ড লক্তুনা লোয়শিনবা য়াদনা লৈরবা রাথোকশিং অদুদি বিচারপতিনা অমুক নৌহৌনা বিচার তৌগনি। দণ্ডি পীরবা কাওবদা অমুকহন্না চাং য়েংগনি, মরমদি মিথ্যাসাক্ষীনা মরম ওইদুনা লেপখিবা রায়েন-চৈরাক অদুদি রায়েন-থৌদাগী থবক করিসু তৌদবগুম শীংথানৈ॥ ১১৭॥

অপাম্বা, মিহৌবা, অশাউবা, শুন্নাংপা, অকিবা অমদি হুংশিবা মরমশিং অসিনা মপুং ওইদুনা খণ্ডনবু ওইরবসু চেকশিনহোদবনবু ওইরবসু পীখিবা সাক্ষী অদুদি পণ্ডিতশিংনা মিথ্যাসাক্ষীমক্তি হায়নৈ—মরম অদুনা অদুগুম্বা সাক্ষী অদুদি লৌকদে॥ ১১৮॥

হায়রিবা অপাম্বা, মিহৌবনচিংবা মরমশিং অসিনা মরম ওই-দুনা ওইদবা সাক্ষী পীবা মীশিং অদুগী ফংফম থোকপা চৈরাকী মশক মথং মথং হায়রকনি তাবীয়ু॥ ১১৯॥

(লোভ) মিহৌবনা মরম ওইদুনা মিথ্যা সাক্ষী পীরবদি পণ লীশিং অমা রাকোংহনগনি (পণ ১=থুজিং ২০), ভন্নংপা নত্ত্রগা চঙ্কবা (মোহ) না মরম ওইদুনা মিথ্যা-সাক্ষী পীবনা পণ চনিয়াইথ (২৫০)। কিবগী মিথ্যা-সাক্ষী পীবনা পণ ১,০০০ অহুমা [illegible]

কামাদ্দশগুণং পূর্ব্বং ক্রোধাৎ তু ত্রিগুণং পরম্ ।
অজ্ঞানাদ্ দ্বে শতে পূর্ণে বালিশ্যাচ্ছতমেব তু ॥ ১২১
এতানাহুঃ কৌটসাক্ষ্যে প্রোক্তান্ দণ্ডান্ মনীষিভিঃ ।
ধর্ম্মস্যাব্যভিচারার্থমধর্ম্মনিয়মায় চ ॥ ১২২
কৌটসাক্ষ্যন্তু কুর্ব্বাণাং ত্রীন্ বর্ণান্ ধার্ম্মিকো নৃপঃ ।
প্রবাসয়েদ্দণ্ডয়িত্বা ব্রাহ্মণন্তু বিবাসয়েৎ ॥ ১২৩
দশস্থানানি দণ্ডস্য মনুঃ স্বায়ম্ভুবোঽব্রবীৎ ।
ত্রিষু বর্ণেষু যানি স্যুরক্ষতো ব্রাহ্মণো ব্রজেৎ ॥ ১২৪

---

মরূপ ওইবনা মরম ওইদুনা মিথ্যা-সাক্ষী পীবদস্ পণ ১,০০০ রাকোংহনগনি ॥ ১২০ ॥

কাম ( অপাম্বা ) না মরম ওইদুনা মিথ্যা-সাক্ষী পীবদা পণ ২,৫০০, শাউবদগী মিথ্যা-সাক্ষী ওইবদা পণ ৩,০০০, খঙদবদগী পীরগনা পণ ২০০ অদুগা চেকশিনহৌদবদগী মিথ্যা সাক্ষী পীখোক-খিবনা পণ ১০০ রাকোংহনগনি ॥ ১২১ ॥

অচুম্বা ধর্ম্ম ঙাক্নবা অমদি অরানবা অধর্ম্মবু থিংনবা মিথ্যা-সাক্ষী ওইবশিংগী মরমদা মহর্ষিশিংনা দণ্ডশিং অসি পীগদবনি হায়না তাকপিরম্মী ॥ ১২২ ॥

ক্ষেত্রিসচিংবা বর্ণ অহুমনা হন্না হন্না মিথ্যা-সাক্ষী পীরবদি, নিংথৌনা, মথক্তা হায়খ্রিবা শেলগী রাকোং অসি তৌহল্লগা মরৈ-বাক্তগী তাম্বোকদবনি। অদুগা ব্রাহ্মণ ওইবা থোক্লবদি রাকোং-হন্দবস্ লৈবাক অদুদগী চুম্না তাম্বোকখগা লোইরে ॥ ১২৩ ॥ NO

স্বায়ম্ভুব মনুনা চৈয়াক ( দণ্ড ) মথল ১০গী মরম হায়খ্রবা অদুদি ক্ষেত্রি, বৈশ্য অমদি শূদ্র—বর্ণ অহুম অসিগীদমক্তনি থঙ্-গনি। ব্রাহ্মণবুদি মশাদা অৎপা-মৈয়া করিসু তৌদনা, ময়া-শোকহন্দনা লৈবাক্তগী চুম্না তাম্বোকখ্রগা লোইরে ॥ ১২৪ ॥

উপস্থমুদরং জিহ্বা হস্তৌ পাদৌ চ পঞ্চমম্।
চক্ষুর্নাসা চ কর্ণৌ চ ধনং দেহস্তথৈব চ ॥ ১২৫
অনুবন্ধং পরিজ্ঞায় দেশকালৌ চ তত্ত্বতঃ।
সারাপরাধৌ চালোক্য দণ্ডং দণ্ড্যেষু পাতয়েৎ ॥ ১২৬
অধর্ম্মদণ্ডনং লোকে যশোঘ্নং কীর্ত্তিনাশনম্।
অস্বর্গ্যঞ্চ পরত্রাপি তস্মাৎ তৎ পরিবর্জ্জয়েৎ ॥ ১২৭
অদণ্ড্যান্ দণ্ডয়ন্ রাজা-দণ্ড্যাংশ্চৈবাপ্যদণ্ডয়ন্।
অযশো মহদাপ্নোতি নরকঞ্চৈব গচ্ছতি ॥ ১২৮

---

হজীক চৈরাক মথল ১০ অতু হায়রি—নিপা নূপীগী ফিঙ্গং (লিঙ্গ), পূক, লৈ, খুৎ-অনি, খোঙ্ অনি, মিৎ নাকোঙ্ অনি, নাতোন অনি, মরল-মথুম অমদি মশা পূন্নমক—মথল ১০ অসি দণ্ড তৌকম-মক্তনি। অরানবা মী অতুনা অরানবা তৌখিবা হকচাংগী শন্নক শন্নকশিং অতুদা তৌখিবা অথোই-অহেন নাইবা মরাল মতুং ইন্না অন্নানবা মী অতুগীস্থু মখোঙ্-মখুৎ ককথৎপনচিংবা দণ্ড তৌগনি, মহাপাতকনচিংবা অচৌবা মরালতদা মথন্নায় হাৎপা তুম্বগী দণ্ড তৌগনি, অতৈগীদি নত্তে ॥ ১২৫ ॥

নিপা অসিনা অসিগুম্বা মরাল অসি হন্না হন্না তৌখিবা লৈপ্রবরা নত্তবরা হায়বনচিংবা মরম শেংনা খঙ্ দুনা অমদি তৌরু-রিবা মরাল অদুগী মরমদা মযম, মতম, অরানবা মীদুগী মপাংগল মথৌনা (অঙম-ঙমদ), মরালগী মশক—পূন্নমক অসি মুন্না রাথল তৌরগা নিংথৌনা অরানবা মীগী চৈরাক পীগনি ॥ ১২৬ ॥

চৈরাক- চুমত্রবদি রায়েল্লিবা নিংথৌ অতুগী মিংচৎ মাঙই, শিগ্রবদস্থু থীনা ঙাঙ্নৈ, করি অমুক হায়গনি—স্বর্গগী অম্বী ফাংবা থিংখি। মরম অদুনা অান্না থক চৈরাক পীরোইদবনি ॥ ১২৭ ॥

দণ্ডি ফংকম লৈতবা মীদা দণ্ডি পীরবন্তি অদুগা পীদম খোক-পন্না থাদোক্লবন্তি অদুগুম্বা নিংথৌ অদু চঙ্জিইদা মিংচৎ থী, দাইরমলেপ্পনা নরক তাই ॥ ১২৮ ॥

বাগ্দণ্ডং প্রথমং কুর্য্যাদ্ধিগ্দণ্ডং তদনন্তরম্।
তৃতীয়ং ধনদণ্ডন্তু বধদণ্ডমতঃ পরম্ ॥ ১২৯
বধেনাপি যদা ত্বেতান্ নিগ্রহীতুং ন শক্নুয়াৎ।
তদৈষু সর্ব্বমপ্যেতৎ প্রযুঞ্জীত চতুষ্টয়ম্ ॥ ১৩০
লোকসংব্যবহারার্থং যাঃ সংজ্ঞাঃ প্রথিতা ভুবি।
তাম্ররূপ্যসুবর্ণানাং তাঃ প্রবক্ষ্যাম্যশেষতঃ ॥ ১৩১
জালান্তরগতে ভানৌ যৎ সূক্ষ্মং দৃশ্যতে রজঃ।
প্রথমং তৎ প্রমাণানাং ত্রসরেণুং প্রচক্ষতে ॥ ১৩২

---

মগুণ লৈবা মীনা করিগুম্বা লাল্লক্লবদি "অসিগুম্বা অরানবসি মতুং মনাউদি তৌগনু" অসুম হায়না খোল নেমতক থাহ্না রারক্কনি; অসুম তৌবসি অহানবা মবালগীদমক্তি, অতুগা মহাক অতনা ফত্তবা অসুম তৌশিল্লক্লবদি "নঙ্ অসিদি অতোনবা জাৎনি, হিংলুবগী কান্নদে' অসিনচিংবনা অনিবক শুবা রারক ওইনা চৈহৎকনি, অতুমক্তদসু মবমচৎ চুম্নকপা মবৈত্রবদি হায়বদি অহুম শুরকপা মরালদদি মথক্তা হায়খ্রবা শেল-রাকোংহনবহু তৌগনি; মরিরক শুবদদি মবালগী অক্কম-অযাং যেংহনা মপাম্বোম ককপনচিংবা মশাদা ওৎপা-নৈবগী দণ্ডি অহু পীরগনি ॥ ১২৯ ॥

মশাবু অরাবা পীহ্না লাক্করবা অসিমক্তদসু হনবা মরৈরক্তবদি বাগ্দণ্ড (চীন্না রাবকপা অমদি তাম্বোকপনচিংবা) চৈরাক মথল মরিমক পীগনি ॥ ১৩০ ॥

সনা, লুপা, কোনীগী মরমদা মচাং খঙ্নবা মীনা চৎনরিবা মমিংশিং অহুগী মরম খঙ্নবা হায়রি ॥ ১৩১ ॥

থোঙ্কারক অহোবদা চঙ্লকপা নুংশা মঙান্দা তাউহ্না লৈরিবা কুপশ্রবা উফুন মরীক অহ্না মচাং খঙ্নবগী অহানবনি, মদুবু "ত্রসরেণু" হায়না কৌই। (দ্ব্যণুক ৩=ত্রসরেণু ১) ॥ ১৩২ ॥

ত্রসরেণু ৮ না লিক্কা অমা (হীক্ মক্কম), লিক্কা অহুমনা

ত্রসরেণবোঽষ্টৌ বিজ্ঞেয়া লিক্ষৈকা পরিমাণতঃ।
তা রাজসর্ষপস্তিস্রস্তে ত্রয়ো গৌরসর্ষপঃ ॥ ১৩৩
সর্ষপাঃ ষড়্ যবো মধ্যস্ত্রিযবন্ত্বেককৃষ্ণলম্ ।
পঞ্চকৃষ্ণলকো মাষস্তে সুবর্ণস্তু ষোড়শ ॥ ১৩৪
পলং সুবর্ণাশ্চত্বারঃ পলানি ধরণং দশ ।
দ্বে কৃষ্ণলে সমধৃতে বিজ্ঞেয়ো রৌপ্যমাষকঃ ॥ ১৩৫
তে ষোড়শ স্যাদ্ধরণং পুরাণশ্চৈব রাজতম্ ।
কার্ষাপণস্তু বিজ্ঞেয়স্তাম্রিকঃ কার্ষিকঃ পণঃ ॥ ১৩৬
ধরণানি দশ জ্ঞেয়াঃ শতমানস্তু রাজতঃ ।
চতুঃসৌবর্ণিকো নিষ্কো বিজ্ঞেয়স্তু প্রমাণতঃ ॥ ১৩৭
পণানাং দ্বে শতে সার্দ্ধে প্রথমঃ স্মৃতঃ ।
মধ্যমঃ পঞ্চ বিজ্ঞেয়ঃ সহস্রন্ত্বেব চোত্তমঃ ॥ ১৩৮

---

রাজসর্ষপ ( হংগাম মক্ক ) অমা অতুগা রাজসর্ষপ অহুমনা গৌরসর্ষপ ( হংগাম মক্ক অঙৌবা ) অমা ওই ॥ ১৩৩ ॥

হংগাম মক্ক ৬ না যবকী ময়ায় অপোঙবা অমা ওই, অসিগুম্বা যব অহুমনা রত্তি ( যব অহুমগী মচাং=চংনিং ) অমা, চংনিং ৫ না মাষা অমা অতুগা মাষা ১৬ না মোহর অমা ওই ॥ ১৩৪ ॥

মোহর ৪না পল অমা, পল ১০না ধরণ অমা অতুগা রত্তি ২না লুপাগী মাষা অমা ওই ॥ ১৩৫ ॥

লুপা মাষা ১৬না লুপা ধরণ নত্রগা লুপা কোঞ্চাকা মরী লৈনবা 'পুরাণ ( কাহণ ১ ) হায়বতু ওই। কার্ষিক অমা নত্রগা রত্তি ৮০ লুম্বা কোরীবু পণ নত্রগা কার্ষাপণ হায়না খঙনৈ ॥ ১৩৬ ॥

হায়খ্রিবা লুপা ধরণ ১০না লুপা পণ অমা অতুগা সনা মোহর ৪ না নিষ্ক অমা ওই ॥ ১৩৭ ॥

পণ ২৫০না প্রথম সাহস ( দণ্ড পীবগী অহানবা-অয়াংগী মশক ), পণ ৫০০ না মধ্যম সাহস অতুগা পণ ১,০০০ না উত্তম সাহস ওই ॥ ১৩৮ ॥

ঋণে দেয়ে প্রতিজ্ঞাতে পঞ্চকং শতমর্হতি।
অপহ্নবে তদ্দ্বিগুণং তন্মনোরনুশাসনম্॥ ১৩৯

বশিষ্ঠবিহিতাং বৃদ্ধিং সৃজেদ্বিত্তবিবর্দ্ধিনীম্।
অশীতিভাগং গৃহ্নীয়ান্মাসাদ্বার্দ্ধুষিকঃ শতে॥ ১৪০

দ্বিকং শতং বা গৃহ্নীয়াৎ সতাং ধর্ম্মমনুস্মরন্।
দ্বিকং সতং হি গৃহ্নানো ন ভবত্যার্থকিল্বিষী॥ ১৪১

দ্বিকং ত্রিকঃ চতুষ্কঞ্চ পঞ্চকঞ্চ শতং সমম্।
মাসস্য বৃদ্ধিং গৃহ্নীয়াদ্বর্ণানামনুপূর্ব্বশঃ॥ ১৪২

---

শেন্দোনবা মীনা "ঐনা শিংকম থোকপা শেন্দোন শিংজরগে" হায়না রাযেনশঙ্দা মশানা য়াজরবদি শেন্দোনবা মী অদুবু পণ ১০০ খূদিঙ্গী পণ ৫। ৫ রাকোংহনগনি, অত্তুগা রায়েন শঙ্দা চৎলগা "ঐ শেল লৌদে, তোন্দে" হায়ত্তুনা শেল তোল্লি হায়বা য়াত্রগা মমৈদনা প্রমাণ ওইবরুবদি নিপা অদুবু পণ ১০০ দা পণ ১০ গী হিংদা রাকোংহনগনি॥ ১৩৯॥

শেন্দোই চাবা শেম্বুনা, পোৎ বন্ধান থমত্তুনা পূবা শেলগীদমক্তি পুথোকলিবা শেল অত্তুক্কী; থাগী ওইনা চা-দা মত্তুগী শরুক ৮০ থোকপগী শরুক অমা মথোই লৌগনি। সেন্দোই চাবগী মরমদা মহর্ষি বশিষ্ঠনা অসুম্না নিয়ম শেম্বিরম্মী॥ ১৪০॥

বন্ধান থম্বা য়াওদনা চুম্না শেল পূবগীদি সাধুশিংগী চৎনবী মত্তুংইন্না থাগী ওইনা ১০০ দা পণ অনি মথোই লৌবা য়াই। পণ ১০০ দা পণ অনি মথোই লৌরবদি শেন্দোই চাবা মীনি হায়ত্তুনা শেম্বুনা পাপ পুগদবা লৈতে॥ ১৪১॥

বর্ণগী মকোক মথং নাইনা শেম্বুনা শেন্দোনবা মীগী মকমদগী থাগী ওইনা ব্রাহ্মণ শেন্দোনবদগী চামদা পণ অনি, ক্ষেত্রিদগীনা পণ অহুম অত্তগা বৈশ্যদগীনা পণ মরি অমসুং শূদ্রদগীনা পণ মঙা শেন্দোই লৌবা য়াই। মথন্তা হায়রবা শরুক ৮০ থোকপগী শরুক

ন ত্বেবাধৌ সোপকারে কৌসীদীং বৃদ্ধিমাপ্নুয়াৎ ।
নচাধেঃ কালসংরোধান্নিসর্গোঽস্তি ন বিক্রয়ঃ ॥ ১৪৩
ন ভোক্তব্যো বলাদাধির্ভুঞ্জানো বৃদ্ধিমুৎসৃজেৎ ।
মূল্যেন তোষয়েচ্চৈনমাধিস্তেনোঽন্যথা ভবেৎ ॥ ১৪৪
আধিশ্চোপনিধিশ্চোভৌ ন কালাত্যয়মর্হতঃ ।
অবহার্য্যৌ ভবেতাং তৌ দীর্ঘকালমবস্থিতৌ ॥ ১৪৫
সম্প্রীত্যা ভুজ্যমানানি ন নশ্যন্তি কদাচন ।
ধেনুরুষ্ট্রো বহন্নশ্বো যশ্চ দম্যঃ প্রযুজ্যতে ॥ ১৪৬

---

অমা মথোই ওইনা লৌবা হায়বসিদি বন্ধান থমহ্না পূবা মতমতদা লৌগদবনি থণ্ড্নগনি ॥ ১৪২ ॥

শেন্থুগী শীজিন্নবা ওইনা শেন পূবা মীনা লৌ-ইংখোল, যগ, মীনাইনচিংবা বন্ধান থমহ্না শেল লৌরবদি পূরিবা শেল অহ্নগী দমক্তদি শেন্থুনা তোপ্পা শেন্দোই লৌবা য়াদে। অহ্নগা মতম ফনমক কুইরবা ওইরবস্সু শেন্থুনা বন্ধানগী পোৎ অদূবু অতোপ্পদা পীথোকপা নত্রগা য়োম্থোকথিবা য়ারোই ॥ ১৪৩ ॥

বন্ধান পোৎপু শেন্থু ( মহাজন ) না নম হাহ্না শীজিন্নরবদি শেন্দোনবা মী অহ্নদগী সেন্দোই ফংলোই, অহ্নগী মথক্তা মানা শীজিন্নরিবা পোৎ অহ্ন, শীজিন্নত্রিঙৈদা ওইক্ম থোকপা পোৎ অহ্নগী মতিক চাবা মমল পীহ্না শেল পূরিবা মী অদূবু পেলহনগদবনি, পীত্রবদি মহাক বন্ধান-পোৎ হূরানবা ওইগনি ॥ ১৪৪ ॥

বন্ধান-পোৎস্থু অহ্নগা চুম্না শিন্নরম্বা পোৎস্থু পীযু হেক হায়বদা থীম্বা তৌদনা পীগদবনি, মতম ফনা কুইরবা ওইহ্নস্থু মথোয় অহ্ন লৌথোকপা য়াফম থোকপা ঙাক্তনি ॥ ১৪৫ ॥

শঙ্গোম শুম্বী যগবী, উট, তোংনব্রিবা শগোল, লাক্কবগীদমক পীবা যগ-লাব-নচিংবা শা অমদি হুংশিহ্না শীজিন্নজৌ হায়হ্না পীবা পোৎ—মথোয় অসিদি মতম কুইনা শীজিন্নরবা ওইহ্নস্থু পোঙশিং অহ্নদা নৈবা মপুগী থক অন্তদি ( হক্ ) কৈদৌঙৈদস্থ

যৎ কিঞ্চিদ্দশ বর্ষাণি সন্নিধৌ প্রেক্ষতে ধনী।
ভুজ্যমানং পরৈস্তূষ্ণীং ন স তল্লব্ধুমর্হতি ॥ ১৪৭
অজড়শ্চেদপোগণ্ডো বিষয়ে চাস্য ভুজ্যতে।
ভগ্নং তদ্ব্যবহারেণ ভোক্তা তদ্দ্রব্যমর্হতি ॥ ১৪৮
আধিঃ সীমা বালধনং নিক্ষেপোপনিধী স্ত্রিয়ঃ।
রাজস্বং শ্রোত্রিয়স্বঞ্চ ন ভোগেন প্রণশ্যতি ॥ ১৪৯
যঃ স্বামিনাননুজ্ঞাতমাধিং ভুঙ্‌ক্তেঽবিচক্ষণঃ।
তেনার্দ্ধবৃদ্ধির্মোক্তব্যা তস্য ভোগস্য নিষ্কৃতিঃ ॥ ১৫০

---

মাঙ্ ফরোই। অচুগা মী অমগী মপোৎপু অতোপ্পা অমনা চহি ১০ চুপ্পা শীজিন্নখ্রবদি পোৎ অচু শীজিন্নবা মীগী স্বত্ব ওইখ্রে মপুগী হক মাঙখ্রে; অচুমদি ওইরগা মুংশিচুনা তুক শীজিন্নহনবগীদি মচু মাঙ্ দে। মপুনা পীয়ু হায়বদা হেক্তমক পীগদবনি—মসিগী ভাবার্থনি ॥ ১৪৬ ॥

মশাগী মমাঙ্ দা মীনা চহি ১০ চুপ্পা মপোৎ শীজিন্নখিবা উনা উনা মপু অচুনা করিস্সু অথিংবা পীত্রবদি পোৎ অচুদা লৈরম্বা মপু অচুগী হক মাঙ্ ই ॥ ১৪৭ ॥

পোৎ মপুনা বুদ্ধি চোইবা নত্রগা চহি ১৬ শুত্রিবা মীওই নত্রবদি মাগী মমাঙ মক্তদা মানা উনা উনমক অতোপ্পনা মতম অশুক কুইনা শীজিন্নখ্রবদি বিচারগী থোঙদা পোৎ অচুদা মপু অচুগী হক করিস্সু লৈত্রে—শীজিন্নবা মী অচুগী অচুম্মক ওইজখরে ॥ ১৪৮ ॥

মতম কুইনা অতোপ্পনা শীজিন্নখ্রবস্সু মপুগী হক মাঙ্ দবা পোৎশিংদি—বন্ধান-পোৎ, লমগী ভমখৈ, অঙাংগী মরল, করিগুম্বা পাত্রদা হাপ্তুনা ফুম্লম্বা, ঈশিংদা থাদরম্বা-পোৎনচিংবা, খঙ্ না খঙ্ না লোত্তুনা থম্বা পোৎ (উপনিধি), মীনাইনুপীনচিংবী নুপী, নিংথৌগী মরল অমদি বেদ হৈবা ব্রাহ্মণগী মরল—মখোয় অসিনি ॥ ১৪৯ ॥

বন্ধান থমলিবা মপুগী য়াথং ফংদনা বন্ধান-পোৎপু শীজিন্নরুবা

কুসীদবৃদ্ধির্দ্বৈগুণ্যং নাত্যেতি সকৃদাহৃতা।
ধান্যে সদে লবে বাহ্যে নাতি ক্রামতি পঞ্চতাম্ ॥ ১৫১
কৃতানুসারাদধিকা ব্যতিরিক্তা ন সিধ্যতি।
কুসীদপথমাহুস্তং পঞ্চকং শতমর্হতি ॥ ১৫২
নাতিসাংবৎসরীং বৃদ্ধিং ন চাদৃষ্টাং পুনর্হরেৎ।
চক্রবৃদ্ধিঃ কালবৃদ্ধিঃ কারিতা কায়িকা চ যা ॥ ১৫৩

---

অপঙ্‌বা শেম্মু অতুদি পীবা হৌনবা মথোই অতুগী শরূক তংখায় অমা মাঙ্‌জগদবনি ॥ ১৫০ ॥

শেন্দোই-শেল্লেপ পুন্না অমুক্তদা লৌবা তারবদি শেল্লেপ অতুগী শরূক অনিগী শরূক অমদগী হেনগৎনা মথোই লৌবা য়াদে। ফৌ, উহৈগী জাৎ, শামতুনচিংবা পোৎ অমদি যণ-লাবনচিংবা অসিগীদি শেল্লেপকী শরূক মঙা থোকপগী শরূক অমা ফাওবা মথোই লৌবা য়াই, হেন্নদি লৌফদে ॥ ১৫১ ॥

থাগী ওইনা চামা থোকপগী শীরূক ৮০ অমদি বর্ণগী মতুংইন্না শরূক ২, ৩, অসিনচিংবা শাস্ত্রগী মতুংইন্না লেপ্পা মথোই অসিদগী হেন্না থক লৌফদে, কনাগুম্বনা শেন্দোই হেন্না লৌবা য়াওরবদি সেন্দোইদা হাবনি হায়রুনা পণ্ডিতশিংনা মদুবু তাথীনৈ। শেম্মুনা চামদা ৫দগী হেন্না মথোই লৌবা য়াদে ॥ ১৫২ ॥

থা অমা, অনি, নত্রগা অহুমগী মত্তুংদা সেন্দোই পুল্লপ-পুল্লপ লৌগনি হায়না য়ানহুনা শেল পুথোক্লগা শেম্মুনা শেন্দোনবা মীদগী চহি অমা ফাওবদি ধর্ম্মনা য়াবা মথোই অতুম্মক লৌবা য়াই। চহি লেনগ্রবদি অমুক্তদা শেন্দোই পুন্না লৌবা হৌনদে। নত্রগা শাস্ত্রনা ককপা মথোইগী নিয়মদগী হেন্না লৌবসু হৌনদে। "চক্রবৃদ্ধি" হায়বদি মথোইগী মথোই, "কালবৃদ্ধি" হায়বদি মথোইনা শেল্লেপকী শরূক অনি হেনগৎনা লৌবা, "কারিতা" হায়বদি শেল পুবা মীনা অন্নাবা তারবা মতম ওইহুনা তঙাই ফদনা য়াখিবা সেন্দোই অহুগা "কায়িকা বৃদ্ধি" হায়বদি য়াম্না শৎপিন্নৈবীহুনা নমহুনা কাবা

ঋণং দাতুমশক্তো যঃ কর্ত্তুমিচ্ছেৎ পুনঃ ক্রিয়াম্‌।
স দত্ত্বা নির্জ্জিতাং বৃদ্ধিং করণং পরিবর্ত্তয়েৎ ॥ ১৫৪
অদর্শয়িত্বা তত্রৈব হিরণ্যং পরিবর্ত্তয়েৎ।
যাবতী সম্ভবেদ্‌বৃদ্ধিস্তাবতীং দাতুমর্হতি ॥ ১৫৫
চক্রবৃদ্ধিং সমারূঢ়ো দেশকালব্যবস্থিতঃ।
অতিক্রামন্‌ দেশকালৌ ন তৎফলমবাপ্নুয়াৎ ॥ ১৫৬
সমুদ্রযানকুশলা দেশকালার্থদর্শিনঃ।
স্থাপয়ন্তি তু যাং বৃদ্ধিং সা তত্রাধিগমং প্রতি ॥ ১৫৭

---

সেন্দোই—অসিগুম্বা মথোই মথল মরি অসিদি শাস্ত্রনা য়াদে, মসুম্না থক লোফরোই ॥ ১৫৩ ॥

শেন্দোনবা কনাগুম্বনা মীগী মরল শিংদোকপা ঙমদতুনা লাই-রিক-লাইশু অমুক ইনতুনা মথা চথহন্নিঙলবদি মতম অতু ফাওবগী পীকম থোকপা মথোইমখৈ মহাজন্দা শুনা পীথোক্লগা হান্নগী শেল্লেপ অতুগী মখৈদং পন্দুনা ইনগদবনি ॥ ১৫৪ ॥

সেন্দোই শুনা থিগৎপা ঙমত্রবদি লেমহৌরিবা সেন্দোই অতু শেল্লেপ্তা পুনশিল্লরগা হায়বদি শেল্লেপ ওইহল্লগা মতুগী লাইরিক ইনগদবনি ॥ ১৫৫ ॥

মফম মতমগী মতুংইন্না চক্রবৃদ্ধি হায়বদি পীফম থোকপা অভাবী ভাড়াদগী হেন্না লোগনি হায়না য়ানতুনা লেপ্পত্রবদা, মী অতুনা পীফম থোকপা মফমদা অমসুং মতমদা অভেক-অকায় লৈতনা-পোৎ অতু য়োহল্লকপা ঙমত্রবদি লেপ্পখিবা মতুংইন্না ভাড়া হেন্না লোবা য়াদে ॥ ১৫৬ ॥

ঈশিং অমসুং কংফালদা চৎপা হৈশিংবা দেশকাল ( মফম মতম ) গী অর্থ শেংনা খঙবা লল্লোনবশিংনা অসিগুম্বা ক্রিবদা লেপ্পা পোৎকী ভাড়া অতু পোৎ অতু পুবা মীনা কংগদবনি ॥ ১৫৭ ॥

যো যস্য প্রতিভূস্তিষ্ঠেদ্দর্শনায়েহ মানবঃ।
অদর্শয়ন্ স তং তস্য প্রযচ্ছেৎ স্বধনাদৃণম্॥ ১৫৮
প্রাতিভাব্যং বৃথাদানমাক্ষিকং সৌরিকঞ্চ যৎ।
দণ্ডশুল্কাবশেষঞ্চ ন পুত্রো দাতুমর্হতি॥ ১৫৯
দর্শন প্রাতিভাব্যে তু বিধিঃ স্যাৎ পূর্ব্বচোদিতঃ।
দান প্রতিভুবি প্রেতে দায়াদানপি দাপয়েৎ॥ ১৬০
অদাতরি পুনর্দাতা বিজ্ঞাত প্রকৃতাবৃণম্।
পশ্চাৎপ্রতিভুবি প্রেতে পরীপ্সেৎ কেন হেতুনা॥ ১৬১

---

জামিন য়াবা মী হায়বদি শেল তোল্লিবা মী অদুবু নঙ্গী ননাক্তা শোয়দনা য়োঁহল্লকনি হায়না শেন্থুগী মফমদা য়াশল্লবা মী অত্থুনা শেল্লোনবা মীবু মতম চানা মহাজনগী মনাক য়োঁহল্লকপা তমত্রবদি জামিন য়ারিবা মশামক্তা মহাজনগী ফংফম থোকপা লন পুন্নমক শিংগদবনি॥ ১৫৮॥

জামিন ওইরুবগী পীফম থোকপা শেল, ফাগি তৌবদগী শোয়খিত্থনা মতাং চাউবা মীদা পিফম থোকপা শেল, য়ুথকপা মন্নগা থার শাম্নবগী দমক পিফম থোকপা শেল, নিংথৌগী য়ায়েন্না য়াকোংফম থোক্লবা শেল, ঘাট-নচিংবগী খাজনা মখাক (পুত্রীন-চিংবদা ঈরুজবনচিংবা তৌবগী খাজনা)— অসি পুন্নমক মপানা লোমলিন্নগা শিত্রবদি মচানা শিংগৎফম থোক্তে॥ ১৫৯॥

জামিন (মী মাঙ্খিদনবা শীনবা মী অমনা দায়ী লৌবা) গী মরমদদি হায়খ্রিবা নিয়মশিং অসিনি, অত্থগা শেন্থু-থুন্থুগী মরমদা ওইবা জামিনগী (দান প্রতিভূ) নিয়মদি অসিনি মত্থুদি, মপানা মালগী জামিন ওইনা ওইনা শিত্রবদি মচা-মশুনাচিংবা দায় পুকন থোকপা মীশিংনা মথু শিংদোকদবনি॥ ১৬০॥

জামিন মাবা মানা (দর্শন অমদি প্রত্যয়ে প্রতিভূ) শেল্লোনবা মীগী শেন্থুগী (মহাজনগী) শেল্লোম শক্তপা য়ায়ে ফনিবা থোক

নিরাদিষ্টধনশ্চেৎ তু প্রতিভূঃ স্যাদলংধনঃ।
স্বধনাদেব তদ্দদ্যান্নিরাদিষ্ট ইতি স্থিতিঃ॥ ১৬২
মত্তোন্মত্তার্ত্তাধ্যধীনৈর্বালেন স্থবিরেণ বা।
অসম্বদ্ধকৃতশ্চৈব ব্যবহারো ন সিধ্যতি॥ ১৬৩
সত্যা ন ভাষা ভবতি যদ্যপি স্যাৎ প্রতিষ্ঠিতা।
বহিশ্চেদ্ভাষ্যতে ধর্ম্মান্নিয়তাদ্ব্যবহারিকাৎ॥ ১৬৪
যোগাধমনবিক্রীতং যোগদানপ্রতিগ্রহম্।
যত্র বাপ্যুপধিং পশ্যেৎ তৎ সর্ব্বং বিনিবর্ত্তয়েৎ॥ ১৬৫

---

অমগী জামিন ওইনা ওইনা শিথিবা থোক্লবদি মহু মচা-মশুনা শিংফম থোকপরা ? ॥ ১৬১ ॥

রাহং অসিগী পাউখুমদি অসিনি—কনাগুম্বা জামিন য়াবা মীনা মহাজনগী শেন্দোন শরুবা য়াবা করিগুম্বা পোৎ অমা ( লন-থুম ) পায়শিন্দুনা শিথ্রবদি মচাশিংনা পায়শিল্লম্বা লন-থুম অহুদগী লৌহুনা মহাজনগী শেল শোয়দনমক শিংগদবনি ॥ ১৬২ ॥

য়ু থক্তুনা ঙাওবা, চান্নবা ঙাওবা, লায়থুং-থুংলবা, মীনাই ওইহুনা মীথা পোল্লবা, শারেপ ফাত্রিবা অঙাং, চহি ৮০ শুরবা অহল —মথোয় অসিনা জামিন অমত্তসু থমদনা মরম্নাই ওইনা পুরুবা শেলগী মরমদদি বিচার তৌরুবা য়াদে ॥ ১৬৩ ॥

'ঐ মসি শোয়দনা তৌগনি' অসুম হায়না কনমক ইনবা থোক্লবা লৈহুনসু মহু শাস্ত্র অমদি চৎনবীগা কায়নরম্রবদি মদুবু অশেংবনি হায়না লৌফদে ॥ ১৬৪ ॥

বন্ধান থম্বা, য়োনবা, পীবা, লৌবা, অমদি ঐশিং মহুংদা লংথহুনা লোৎপা অসিনচিংবসি তাৎ তৌহুনা ওইখিবনি হায়না [illegible]দি বিচারপতিনা মহুগী বিচার অহু ককথৎকনি ॥ ১৬৫ ॥

কনাগুম্বা অমনা থ্বায়না চৎনরিবা য়োকক্লম-থাকক্লম থোকলা মী মথৎ য়োকপা-থাকপবা মীগী মরল পুন্সিরাংগা শিংবনাদা

গ্রহীতা যদি নষ্টঃ স্যাৎ কুটুম্বার্থে কৃতো ব্যয়ঃ।
দাতব্যং বান্ধবৈস্তৎ স্যাৎ প্রবিভক্তৈরপি স্বতঃ॥ ১৬৬
কুটুম্বার্থেঽধ্যধীনোঽপি ব্যবহারং যমাচরেৎ।
স্বদেশে বা বিদেশে বা তং জ্যায়ান্ন বিচালয়েৎ॥ ১৬৭
বলাদ্দত্তং বলাদ্ভুক্তং বলাদ্ যচ্চাপি লেখিতম্।
সর্ব্বান্ বলকৃতানর্থানকৃতান্ মনুরব্রবীৎ॥ ১৬৮
ত্রয়ঃ পরার্থে ক্লিশ্যন্তি সাক্ষিণঃ প্রতিভূঃ কুলম্।
চত্বারস্তূপচীয়ন্তে বিপ্র আঢ্যো বণিঙ্ নৃপঃ॥ ১৬৯
অনাদেয়ং নাদদীত পরিক্ষীণোঽপি পার্থিবঃ।
ন চাদেয়ং সমৃদ্ধোঽপি সূক্ষ্মমপ্যর্থমুৎসৃজেৎ॥ ১৭০

---

শিঙ্খ্রবদি তোপ্পবু চারবস্থু পূন্নবু চামিন্নরবস্থু ইমুংমচুংগী মী পূন্নমক্না শেন্দোন অচু শিংগদবনি॥ ১৬৬॥

মবুংঙোনা মরৈবাক্তা নত্রগা মীরৈবাক্তা লৈনিঙ্বা মফমদা লৈখ্রবস্থু মাগী মচা-মশু থাক্লবগীদমক মনাই অমনা মীগী মরল পুশিল্লুরবদি মচুস্থু মবুংঙো অচুনা শিংগদবনি॥ ১৬৭॥

মম হাত্নুনা পীশিনবা পোৎ, নমজা-হাজানচুনা লৌশিনবা লৌইংখোলনচিংবা, নমচুনা ইনবা সেন্দোইগী সেন্দোই কাবা দলিল অসিতস্থু নত্তনা নম হাত্নুনা (কিহন্দুনা) তৌবা থবক খূদিঙ্মক —করিস্থু তৌদবগা অজ্ঞানি হায়বদি মচুগী করিস্থু কান্নবা লৈতে— মসি মনুনা হায়রম্মী॥ ১৬৮॥

সাক্ষী ওইবা মীনে, জামিন য়াবা মীনে, ইশাগী ওইবা মী-ওইনে— মখল অহুম অসিদি অতোপ্পগীদমক্তা অরাবা ফংই; অহুগা ব্রাহ্মণ, মহাজন শল্লোনবা মী অমদি নিংথৌ—মী মরি অসিনা অতোপ্পদগী চাওথংলি॥ ১৬৯॥

য়ামত্রবমকস্থু লৌফম থোক্তবা শেলদি নিংথৌনা প্রজাদগী থক লৌবিরোইদবনি অহুগা ফনমক ইমাক খুন্দুনস্থু লৌফম থোকপা লোৎ লাহুদি য়াসত্রবমকসু থক থাদোকলোইদবনি॥ ১৭০॥

অনাদেয়স্য চাদানাদাদেয়স্য চ বর্জনাৎ ।
দৌর্ব্বল্যং খ্যাপ্যতে রাজ্ঞঃ স প্রেত্যেহ চ নশ্যতি ॥ ১৭১
স্বাদানাদ্বর্ণসংসর্গাৎ ত্ববলানাঞ্চ রক্ষণাৎ ।
বলং সঞ্জায়তে রাজ্ঞঃ স প্রেত্যেহ চ বর্দ্ধতে ॥ ১৭২
তস্মাদ্ যম ইব স্বামী স্বয়ং হিত্বা প্রিয়াপ্রিয়ে ।
বর্ত্তেত যাম্যয়া বৃত্ত্যা জিতক্রোধো জিতেন্দ্রিয়ঃ ॥ ১৭৩
যস্ত্বধর্ম্মেণ কার্য্যাণি মোহাৎ কুর্য্যান্নরাধিপঃ ।
অচিরাৎ তং দুরাত্মানং বশে কুর্ব্বন্তি শত্রবঃ ॥ ১৭৪
কামক্রোধৌ তু সংযম্য যোঽর্থান্ ধর্ম্মেণ পশ্যতি ।
প্রজাস্তমনুবর্ত্তন্তে সমুদ্রমিব সিন্ধবঃ ॥ ১৭৫

---

লৌফম থোক্তবদা লৌবা অত্থুগা লৌফম থোকপনা লৌদনা :তাকপা—মসিদি নিংথৌগী পাঙ্দবা মতৌ ফোংদোকই—অত্থুগা মাগী মীরমলেন লাইবমলেন অনিমক মাঙ্ই ॥ ১৭১ ॥

লৌফম থোকপা লৌবনা সঙ্করবর্ণ ( ঈ শেংদবা জাতি ) দগী প্রজাবু কনবা হাযবদি ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণশিংগী মাম্ন-মান্নবা জাতিদা চারৌ-মোরৌনবনচিংবা তৌনত্থুনা অমদি অকনবগী মথুত্তগী অশোন-ববু কনবী-ঙাকপিত্থুনা, নিংথৌগী মপাংগল হেনগৎহল্লি অত্থুগা অত্থুগুম্বা মহাক অত্থুদি মীরমলেন লাইরমলেন অনিমক্তা রাইফবতা শক্লক ওই ॥ ১৭২ ॥

মরম অসিনা নিংথৌদি যমগুম্না ইস্ত্রি থুত্থুম চন্দুনা অমদি অশাউবা থাদোক্তূনা নক্নবা নক্নদবা, চান্নবা চান্নদবা থাদোক্তূনা যমগী শাজৎ চৎকদবনি ॥ ১৭৩ ॥

পঙ্বদগী ( থঙ্দবদগী ) বিচার লান্না তৌবা নিংথৌ অত্থুদি থুনমক য়েক্লবনা লাকশিল্লি ॥ ১৭৪ ॥

অপাম্বা, অশাউবনচিংবা থাদোক্তূনা ধর্ম্মগী রায়েন চুম্না তৌবা নিংথৌ অত্থুদি—তুরেল পুম্নমক্না সমুদ্র তম্না চেনবগুম প্রজা পুম্নমক মতোন্দতা চেনশিন্নৈ ॥ ১৭৫ ॥

যঃ সাধয়ন্তং ছন্দেন বেদয়েদ্ধনিকং নৃপে।
স রাজ্ঞা তচ্চতুর্ভাগং দাপ্যস্তস্য চ তদ্ধনম্‌। ১৭৬
কর্ম্মণাপি সমং কুর্য্যাদ্ধনিকায়াধমর্ণিকঃ।
সমোঽবকৃষ্টজাতিস্তু দদ্যাচ্ছ্রেয়াংস্তু তচ্ছনৈঃ ॥ ১৭৭
অনেন বিধিনা রাজা মিথো বিবদতাং নৃণাম্‌।
সাক্ষিপ্রত্যয়সিদ্ধানি কার্য্যাণি সমতাং নয়েৎ ॥ ১৭৮
কুলজে বৃত্তসম্পন্নে ধর্ম্মজ্ঞে সত্যবাদিনি।
মহাপক্ষে ধনিন্যার্য্যে নিক্ষেপং নিক্ষিপেদ্‌বুধঃ ॥ ১৭৯

---

মহাজন্না শেন্দোনবা মীদগী মাগী মশেল্ফ ফংনবা মরম্মাই হোৎনজবদা (শেল থৌবদা) শেন্দোনবা মী অত্থুনা মহাজনগী মথক্তা নিংথৌদা রাকৎলুরবদি শেন্দোনবা মী অদুবু নিংথৌনা তোল্লিবা শেলগী শরাক মরিগী অমা রাকোংহনগনি অমদি মহাজনগী ফংফম থোকপা শেল শিংদোকহনগনি ॥ ১৭৬ ॥

শেল তোনবা মীনা মহাজনগা মান্নবা নত্রগা হন্থবা জাতিগী মী ওইরবা অত্থুগা শেল শিংবস্থু ঙমন্দ্রবা অদু ওইরবদি মপাংগলতনা মোমত্থুনা ওইরবস্থু মহাজনগী শেল শিংগনি ; অত্থুগা শেল তোল্লিবা মী অত্থুনা মহাজনদগী হেন্না ফগৎখিবা জাতি অমা ওইরবদি অত্থুগা শেন্দোন শিংবস্থু ঙমদ্রবদি শেল তোল্লিবা মী অত্থুগী শেলগী চাগা য়েংত্থুনা মহাজননা মথং মথং ওইনা মাগী মশেল লৌথৎকনি ॥১৭৭॥

নিংথৌনা মী অমগা অমগা থৎনরক্লবদা মথকী নিয়ম অসিগী মতুংইন্না সাক্ষী অমস্থুং রাশকহনববনচিংবা তৌত্থুনা রায়েন বিচারগী থবক পূন্নমক তৌগনি ॥ ১৭৮ ॥

অশিংবা মীনা—শাগৈ জাৎ ফবা, লমজং ফজবা, ধর্ম্ম চেনবা, অচুম্বা ভাঙ্‌বা, শাগৈ-নাতে য়াম্বা, ইনাকখুনবা অমদি লকচেন তিংবা অসিগুম্বা মীগী মকমদা শেল থম্মিজবনি ॥ ১৭৯

যো যথা নিক্ষিপেদ্ধস্তে যমর্থং যস্য মানবঃ।
স তথৈব গ্রহীতব্যো যথা দায়স্তথা গ্রহঃ॥ ১৮০
যো নিক্ষেপং যাচ্যমানো নিক্ষেপ্তুর্ন প্রযচ্ছতি।
স যাচ্যঃ * প্রাড্বিবাকেন তন্নিক্ষেপ্তুরসন্নিধৌ॥ ১৮১
সাক্ষ্যভাবে প্রণিধিভির্বয়োরূপ সমন্বিতৈঃ।
অপদেশৈশ্চ সন্ন্যস্য হিরণ্যং তস্য তত্ত্বতঃ॥ ১৮২
স যদি প্রতিপদ্যেত যথান্যস্তং যথাকৃতম্।
ন তত্র বিদ্যতে কিঞ্চিদ্ যৎ পরৈরভিযুজ্যতে॥ ১৮৩

---

কনাগুম্বা মীনা অতোপ্পা মী অমগী মথৃক্তা কয়িগুম্বা পোৎ অমা পীতুনা শিন্নবা মতমদা ওইখিবা মওঙ অতুমক কান্নদনা পোৎ অতু লৌশিনবা মতমদসু তৌগনি হায়বদি পীবদা তৌবগুম লৌথদসু তৌগনি॥ ১৮০॥

শিন্নরম্বা পোৎ অতু মপুনা পামজরকপদা পীযু হায়বা য়াত্রবদি নিংথৌদা তাক্কনি বিচারপতিনা নত্রগা নিংথৌনা পোৎ শিন্নরম্বা মপু অতু থঙহন্দনা পোৎ থমহৌবা অতুদগী হায়রিবা পোৎ অতু পুথোররবা য়াথং পীগনি॥ ১৮১॥

মতুগী মওঙদি অসুম তৌগনি মতুদি অহানবদা মী থঙহন্দনা মথক মতৌ ফজবা অমদি চহি লেংমান্নবা অরোনবা চর অমবু বিচার পণ্ডিনা তাৎ তৌহনা সনানচিংবা মমল য়ান্নবা পোৎ পুতুনা মিপা অতুগী মথক্তা লোক্না শিন্নহনা থমহল্লুগনি॥ ১৮২॥

মসিদা মিপা অহনা "হোয়" হায়না য়াহনা থনবা পোৎ অতু পীরম্বা মতমদা তৌখিবা মওঙ অতু কায়দনা অমুক হন্না পীরক্লবদি—মিপা অতুগী মথক্তা লানক্লিবা য়াকৎ অতু মরম চাদে হায়না থঙগদবনি॥ ১৮৩॥

---

* প্রাড্বিবাক লক্ষণম্—বিবাদে পৃচ্ছতি প্রশ্নং প্রতিপ্রশ্নং তথৈব চ। প্রিয়পূর্বং প্রাগ্বদতি প্রাড্বিবাকস্ততঃ স্মৃতঃ—ইতি রঘুনন্দনকৃত ব্যবহারতত্ত্বে।

তেষাং ন দদ্যাদ্ যদি তু তদ্ধিরণ্যং যথাবিধি।
উভৌ নিগৃহ্য দাপ্যঃ স্যাদিতি ধর্মস্য ধারণা ॥ ১৮৪
নিক্ষেপোপনিধী নিত্যং ন দেয়ৌ প্রত্যনন্তরে।
নশ্যতো বিনিপাতে তাবনিপাতে ত্বনাশিনৌ ॥ ১৮৫
স্বয়মেব তু যো দদ্যান্মৃতস্য প্রত্যনন্তরে।
ন স রাজ্ঞাভিযোক্তব্যো ন নিক্ষেপ্তুশ্চ বন্ধুভিঃ ॥ ১৮৬
অচ্ছলেনৈব চান্বিচ্ছেৎ তমর্থং প্রীতিপূর্ব্বকম্।
বিচার্য্য তস্য বা বৃত্তং সাম্নৈব পরিসাধয়েৎ ॥ ১৮৭

---

অহুগা মওঙ্ অসুম্না শিন্নহুনা থনম্বা পোৎ অহু অমুক পীয়ু হায়বা য়াক্লবদি নিপা অদুবু ফাবা পুনবা তৌহুনা নিংথৌনা মঙোন্দা থমখিবা লন-থুম অনিমক অহু পীথোকহনগনি ॥ ১৮৪ ॥

অসুম্না কনাগুম্বনা শিন্নহুনা থম্বা লন-থুমবু মপু অহু হিংলিঙৈ-মক্তদা মশাদা পীবা নত্তনা মাগী মচাদা অমদি মী অহুগী মচাক-মরল ফংহোগদবা মীগী মথুক্তা খক পীথোকখিবা হোনদে, মবমদি—মচা-নচিংবনা পোৎ অহু মঙোন্দা পীরুদবা থোক্লবদি নত্রগা মপুগী মথুৎ য়ৌক্লিঙৈদা মথোয়না শিখিবা থোক্লবদি পোৎ অহু মাঙখিবা য়ানা লৈ ॥ ১৮৫ ॥

পোৎ শঙ্বা মানা মশামক চত্তুনা শিখ্রবা পোৎ মপুগী মচান-চিংবা মবল-মথুম খুলহোগদবা মীগী মকমদা শিন্নরম্বা পোৎ অহু পীরুরবদি নিংথৌ নত্রগা পোৎ মপু অহুগী শাগৈ নাইৈ অমত্তনা নিপা অহুদা অহেনবা পোৎ অমুকস্থু লৈরি হায়না মরাল পীশিনবা য়াদে ॥ ১৮৬ ॥

পোৎ শঙ্বা মী অহুনা চুম্নগী কাউবা-থোৎপদগী করিগুম্বা শেল-থুম অমত্তা পীদবা থোক্লবদি করিগুম্বা তাৎ অমত্তা য়াওদনা নিংথৌনা লন অহু কংনবগীদমক্তা নিঙ শিনা চুম্না হোৎনবিগনি অমত্তুং পোৎ শঙ্বা মী অহুগী মরমচং মতৌ য়েংবীহুনা শেম্বা-লোনা হাইহৈনা থবক পাঙথোক্লবা তৌগনি ॥ ১৮৭ ॥

নিক্ষেপেষ্বেষু সর্বেষু বিধিঃ স্যাৎ পরিসাধনে।
সমুদ্রে নাপ্নুয়াৎ কিঞ্চিদ্যদি তস্মান্ন সংহরেৎ ॥ ১৮৮
চৌরৈর্হৃতং জলেনোঢ়মগ্নিনা দগ্ধমেব বা।
ন দদ্যাদ্যদি তস্মাৎ স ন সংহরতি কিঞ্চন ॥ ১৮৯
নিক্ষেপস্যাপহর্তারমনিক্ষেপ্তারমেব চ।
সর্বৈরুপায়ৈরন্বিচ্ছেৎ শপথৈশ্চৈব বৈদিকৈঃ ॥ ১৯০
যো নিক্ষেপং নার্পয়তি যশ্চানিক্ষিপ্য যাচতে।
তাবুভৌ চৌরবচ্ছাস্যৌ দাপ্যৌ বা তৎসমং দমম্ ॥ ১৯১
নিক্ষেপস্যাপহর্তারং তৎসমং দাপয়েদ্দমম্।
তথোপনিধিহর্তারমবিশেষেণ পার্থিবঃ ॥ ১৯২

---

অতোপ্পদা কনাসু থঙ্দনা শিন্নরবা শেল-থুম থোন্নগংপগী মরম হায়রবসিনি; পোৎশঙবা মী অহুনা পোৎয়োম নত্রগা মোহরনবা শিন্নরবা পোৎ অহুদগী করিস্ব হুরান্দুনা লৌথোকপা তৌদনা শেলশাঙ্ কায়দনা হন্নব্রবদি মাগী মরাল করিস্ব লৈতে ॥ ১৮৮ ॥

অহুগা পোৎ শঙ্লিবা মী অহুনদি করিস্ব লৌথোক্লগা মহু হুরানবনা করিগুম্বা হুখিবা থোক্লবদি, ঈশিংনা অতোপ্পা মকমদা চেম্থ্রবদি নত্রগা মৈনা চাকথ্রবদি (মৈ চাকপদা য়াওথ্রবদি)—মহু পীরোই ॥ ১৮৯ ॥

থনবা পোৎ হুরাল্লবদি অহুগা থনমদনা থনম্মী হায়রিজরবদি 'সাম' নচিংবা উপায় মখল পুম্নমক শীজিন্নহুনা অমদি বেদকী য়াশক লৌহনবনচিংবা তৌহুনা নিংথৌনা বিচার তৌগনি ॥ ১৯০ ॥

মীনা থমজরবা পোৎ পীয়ু হায়রবা য়াদবা অহুগা থনমদনা পীয়ু হায়না তান্নুবা—মীশক অনি অসিবু নিংথৌনা লনানচিংবা হুরানবা মীগা মান্না দণ্ড পীগনি নত্রগা থনবা পোৎ অহুগা মগুণ মান্নবা শেলনা য়াকোংহনগনি ॥ ১৯১ ॥

মীনা থমজরবা পোৎ হুরান্দুনা লৌথোকপা অহুগা থনমদনা

উপধাভিশ্চ যঃ কশ্চিৎ পরদ্রব্যং হরেন্নরঃ।
স সহায়ঃ স হন্তব্যঃ প্রকাশং বিবিধৈর্ব্বধৈঃ ॥ ১৯৩
নিক্ষেপো যঃ কৃতো যেন যাবাংশ্চ কুলসন্নিধৌ।
তাবানেব স বিজ্ঞেয়ো বিব্রুবন্ দণ্ডমর্হতি ॥ ১৯৪
মিথো দায়ঃ কৃতো যেন গৃহীতো মিথ এব বা।
মিথ এব প্রদাতব্যো যথা দায়স্তথা গ্রহঃ ॥ ১৯৫
নিক্ষিপ্তস্য ধনস্যৈবং প্রীত্যোপনিহিতস্য চ।
রাজা বিনির্ণয়ং কুর্য্যাদক্ষিণ্বন্ ন্যাসধারিণম্ ॥ ১৯৬
বিক্রীণীতে পরস্য স্বং যোঽস্বামী স্বাম্যসম্মতঃ।
ন তং নয়েত সাক্ষ্যন্তু স্তেনমস্তেনমানিনম্ ॥ ১৯৭

---

পীয়ু [illegible] মখোয় অসিবু অথোই-অহেন নাইদনা শিন্নহুনা থনম্বা পোৎ অহুনা মান্না দণ্ড তৌগনি ॥ ১৯২ ॥

"[illegible] নঙ্বু শাউরে—ঐঙোন্দা শেল থরা পীয়ু ঐ [illegible]" অঙ্গম্না নমথাক তৌহনা মীগী মরল লৌবা মী অদুবু অমদি থবক অসিদা মাগী মতেং পাংলম্বা মীশিংবু নিংথৌনা [illegible] দণ্ড তৌগনি নত্রগা হাত্তোকনি ॥ ১৯৩ ॥

সাক্ষীগী মমাঙ্দা মহাজনদা পীরম্বা সনানচিংবা পোৎকী [illegible] অদু সাক্ষীগী মরানা লেপকনি। মহাক্না ওইদবা হায়রবদি দণ্ড পীগনি ॥ ১৯৪ ॥

[illegible] শিন্নরম্বা অমসুং অচীকপদা লৌহৌবা অসিগুম্বা পোৎস্তি অচীকপদা পীখিবগুম অমদি লৌখিবগুম অমুক হন্না পীবদসু মহুগা চপ মান্না পাঙ্থোক্কনি ॥ ১৯৫ ॥

হুন্দোকপা-পোৎ অমদি শিন্নহুনা থম্বা পোৎ নত্রগা হুংশিহুনা [illegible] পোৎকী অয়েপ্পা থিবা তায়রবদি পোৎ শঙ্লিবা মী অদুবু নিংথৌনা ওৎপি-নৈবিবা তৌদনা অচুম্বক লেপথোক্কবা তৌগদবনি ॥ ১৯৬ ॥

মপু নত্তনা অমদি মপুগী য়াথং য়াওদনা মীগী মপোৎ য়োনথোকপা

অবহার্য্যো ভবেত্তৈব সাধবঃ যত্তপণং ভবম্ ।
নিরয়য়োঃ নসবঃ প্রাপ্তঃ স্যাচ্চৌরকিল্বিষম্ ॥ ১৯৮
অস্বামিনা কৃতো যস্তু দায়ো বিক্রয় এব বা ।
অকৃতঃ স তু বিজ্ঞেয়ো ব্যবহারে যথা স্থিতিঃ ॥ ১৯৯
সম্ভোগো দৃশ্যতে যত্র ন দৃশ্যেতাগমঃ ক্বচিৎ ।
আগমঃ কারণং তত্র ন সম্ভোগ ইতি স্থিতিঃ ॥ ২০০
বিক্রয়াদ্ যো ধনং কিঞ্চিদ্ গৃহ্ণীয়াৎ কুলসন্নিধৌ ।
ক্রয়েণ স বিশুদ্ধং হি ন্যায়তো লভতে ধনম্ ॥ ২০১
অথ মূলমনাহার্য্যং প্রকাশক্রয়শোধিতঃ ।
অদণ্ড্যো মুচ্যতে রাজ্ঞা নাষ্টিকো লভতে ধনম্ ॥ ২০২

---

ওম্বা মী অহুদি—মশানা হূরানবনি হায়না খজত্রবগু ভশেং অশেংনা হূরানবা হায়বহু ওইরবনা—নিংথৌনা মাগী সাক্ষীদি চৌরোইদবনি ( মরা চৌরোইদবনি ) ॥ ১৯৭ ॥

মীগী মরল য়োনবা মী অহুনা পোৎ মপুগী শাগৈ মজা ওইরবদি মহাকপু পণ ৬০০ রাকোংহনগনি অহুগা পোৎ মপুগা করিগু খোজ-দবা মীওই ওইরবদি মহাকপু হূবানবগী দণ্ড অহুমক পীগনি ॥ ১৯৮॥

মপু য়াওদনা পীথোকপা নত্রগা য়োম্থোকপা অসিগুম্বা পোৎকী মরমদদি বিচারগী থোঙ দা মহু মরম চাদে হায়না খঙনগনি ॥১৯৯॥

লৈবা-য়োনবগী করিগুম্বা মরম অমত্তগু লৈতনা অহুম শীজিন-হনা লৈবা পোৎ মখল অহুদি শীজিন্নবা অহুতনা প্রমাণ ওইদে হায়না মখুত্তা পোৎ অহু লাকপগী মরম অদুতনা প্রমাণগনি ॥ ২০০ ॥

কৈথেনগুম্বা য়োনকম থোকপা মফমদা মীয়াম মমাঙদা অহিক চাবা মমল পীহনা লৈবা পোৎ অহুদি লৈবা অশেংবনি ॥ ২০১ ॥

অরৈবা মীনা, মপু শাহনা য়োনম্বা মী অহু পুথোকপা ওমত্রবদি অহুমদি ওইরগা ফোংনা লৈখিবা ওইবনা মহু অশেংবনি হায়না প্রমাণগু ফংলবদি মপু য়াওদনা লৈরম্বীদমক মী অহু হুঙি ফংলোই। অহুমদি ওইরগা পোৎ অহুদি মপুনা ফংগনি। অদিওম্বা

নান্যদন্যেন সংসৃষ্টরূপং বিক্রয়মর্হতি।
ন চাসারং ন চ ন্যূনং ন দূরে ন তিরোহিতম্ ॥ ২০৩
অন্যাং চেদ্দর্শয়িত্বান্যা বোঢ়ুঃ কন্যা প্রদীয়তে।
উভে তে একশুল্কেন বহেদিত্যব্রবীন্মনুঃ ॥ ২০৪
নোন্মত্তায়া ন কুষ্ঠিন্যা ন চ যা স্পৃষ্টমৈথুনা।
পূর্ব্বং দোষানভিখ্যাপ্য প্রদাতা দণ্ডমর্হতি ॥ ২০৫
ঋত্বিগ্‌ যদি বৃতো যজ্ঞে স্বকর্ম্ম পরিহাপয়েৎ।
তস্য কর্ম্মানুরূপেণ দেয়োহংশঃ সহকর্ত্তৃভিঃ ॥ ২০৬

---

কিবম তায়বদি পোৎ মপূনা লৈরম্বা মী অহুদা মমল তংথায় হঞ্জিন-বীয়ম্নগা মপোৎ লৌগনি ॥ ২০২ ॥

পোৎ অমদা পোৎ অমা য়ানশিন্দুনা য়োনকদে, কায়গবা পোৎপু কায়বনি হায়না তাৎ তৌহুনা য়োনকদে ; করিগুম্বা পোৎ অমত্তা য়াৎনা ওন্দুনা য়োনকদে, মী উহন্দনা অমদি লোত্তুনা থম্নগা মম্নগা থাম্না থম্নগা পোৎ য়োনকদে ; অসুম তৌরবদি মীগী মপোৎ হুয়াদুনা য়োনবগী দণ্ড অহু ফংগনি ॥ ২০৩ ॥

কনাগুম্বনা, মচানিঙোল থাজবগী শেল য়াম্না কংনকপীদমক অতোম্বী অমক মতৌ চঙ্‌খোনবী লৈশাবী অমা উৎলগা লুহোঙ বা মতমদনা হম্ববী নুপী অমা বরদা পীরক্লবদি হাম্না পীশ্রবা ( বয়না ) শেল অহুতনা লৈশাবী অনিমক লৌবা য়াই হায়না মহুনা হায়-রম্মী ॥ ২০৪ ॥

ঙাওরবী, কুষ্ঠি থুংবী, নিপা শম্নরবী অসিগুম্বা দোষ পুম্নমক লুহোঙ ত্রিভৈদা বরদা হায়না থঙ্‌হন্দনা লুহোঙ্‌হনা পীরবদি মী অহু দণ্ড তৌকম খোকই ॥ ২০৫ ॥

হৌনবী বরিহুনা যজ্ঞগী পুরোহিত ওইহল্লবা ব্রাহ্মণনা থবক থম্না হৌশংলম্লগা নায়া-য়েকপা তৌরক্তুনা লোইশিল্লদনা থাদোক্লম্নবদি মাংগা তৌমিন্নরম্বশিংগা লোয়নবা তৌরম্বা থবকী মচুং ইম্না দক্ষিণা কংগনি ॥ ২০৬ ॥

দক্ষিণাসু চ দত্তাসু স্বকর্ম পরিহাপয়ন্ ।
কৃৎস্নমেব লভেতাংশমন্যেনৈব চ কারয়েৎ ॥ ২০৭
যস্মিন্ কর্ম্মণি যাস্ত স্যুরুক্তাঃ প্রত্যঙ্গদক্ষিণাঃ
স এব তা আদদীত ভজেরন্ সর্ব্ব এব বা ॥ ২০৮
রথং হরেত চাধ্বর্য্যুর্ব্রহ্মাধানে চ বাজিনম্ ।
হোতা বাপি হরেদশ্বমুদ্গাতা চাপ্যনঃ ক্রয়ে ॥ ২০৯
সর্ব্বেষামর্দ্ধিনো মুখ্যাস্তদর্দ্ধেনার্দ্ধিনোঽপরে ।
তৃতীয়িনস্তৃতীয়াংশাশ্চতুর্থাংশাশ্চ পাদিনঃ ॥ ২১০

---

মাধ্যন্দিন ( যজুর্ব্বেদনা হায়বা যজ্ঞ অমা ) হায়না কৌবা যজ্ঞনচিংবদা বরিহুনা হাপ্পবা পুরোহিত অমুনা যজ্ঞগী দক্ষিণা ফাওবা লোইশিল্লমগা, পূমলোইমক লোইশিনবদংদি য়াংলিঙৈদা নাবা য়েকপনচিংবা মরম অমনা তঙাইফদবদগী তোকথোকখ্রবদি যজ্ঞ অহু মপূম ঝানা তৌবগী দক্ষিণা শুনা অতুম্মক ফংগনি। অহুগা যজ্ঞ লোইশিল্লবা মী অহুদি মহাক্না পীগদবনি ॥ ২০৭ ॥

যজ্ঞদা হোম তৌবনচিংবা তোঙান তোঙানবা থবক্তীদমক তোপ্পা তোপ্পা দক্ষিণা তৌগনি হায়না শাস্ত্রনা হায়রিবহু করিগুম্বা মরম অমা পাঙথোক্লিবা মী অমুতনা মহুগী দক্ষিণা ফংগদবরা নত্রগা য়াওরিবা মী পূম্নমক্না য়েন্নহুনা লৌগদবরা ? ॥ ২০৮ ॥

য়াহং অসিগী পাউথুমদি অসিনি মহুদি—করি করিগুম্বা থবক্তা হোমকর্ত্তানা রথ (অধ্বর্য্যু) ফংগনি, ব্রহ্মানা মথোংঙ য়াঙবা শগোল অমুগা হোতা ( হোম তৌবা )না অচম্বা শগোল অমদি বেদপাঠক ( তন্ত্রধার )না সোম কৌবা উম্নী হোমমকপা গাড়ী অহু ফংগনি ॥ ২০৯ ॥

ঋত্বিক্ ১৬ চঙনা তৌবা জ্যোতিষ্টোম কৌবা প্রকৃতিগী ওইবা যজ্ঞ মথল অহুদদি মণবী ১০০ থক্কা দক্ষিণা তৌগনি। মহু ব্রাহ্মণ ১৬ অসিনা মগুঙ অমুম য়েন্নগনি মহুদি—ঋত্বিক ( মন্ত্র উচ্চারণ তৌবা পুরোহিত ) ১৬ অসিগী মরুংদা হোতা, অধ্বর্য্যু (হোমকর্ত্তা),

সম্ভূয় স্বানি কর্মাণি কুর্বদ্ভিরিহ মানবৈঃ।
অনেন বিধিযোগেন কর্ত্তব্যাংশপ্রকল্পনা ॥ ২১১
ধর্ম্মার্থং যেন দত্তং স্যাৎ কস্মৈচিদ্ যাচতে ধনম্ ।
পশ্চাচ্চ ন তথা তৎ স্যান্ন দেয়ং তস্য তদ্ভবেৎ ॥ ২১২
যদি সংসাধয়েত্তৎ তু দর্পাল্লোভেন বা পুনঃ।
রাজ্ঞা দাপ্যঃ সুবর্ণং স্যাৎ তস্য স্তেয়স্য নিষ্কৃতিঃ ॥ ২১৩

---

ব্রহ্মা অমসুং তন্ত্রধার মী মরি অসিনা মকোকনি—মথোয়না যণবী ৪৮ দক্ষিণা ফংগনি হায়বদি অমযমনা ১২। ১১ ফংগনি। মৈত্রাবরুণ প্রতিস্তোতা, ব্রাহ্মণাচ্ছংসী, অমসুং প্রস্তোতা ( যজ্ঞকর্ম্ম ব্রাহ্মণ অতৈ ) মরি অসিনা, মকোক ওইবা পুরোহিত মরি অতুগী দক্ষিণা ভংথায় অমা হন্থনা ফংগনি হায়বদি মী অমনা যণবী ৬। ৬ ফংগনি। অচ্ছাবাক্, নেষ্টা, অগ্নীধ্র অমসুং প্রতিহর্ত্তা—মরি অসিনা, মকোক ওইবা-ঋত্বিককী শরূক অহুম থোকপগী যণবী শরূক অমা ফংগনি হায়বদি যণবী ৪। ৪ ফংগনি। গ্রাবস্তু, উন্নেতা, পোতা অমসুং সুব্রহ্মণ্য মরি অসিনা—মকোক-ওইবা ঋত্বিক মরি অতুগী শরূক মরিগী অমা ফংগনি হায়বদি মী অমনা যণবী অহুম অহুম ফংগনি ॥ ২১০ ॥

সম্ভূয় সমুথান হায়বদি ময়াম পুন্না থবক তৌমিন্নবশিংনা মথক্তা হায়রিবা অসুন্না দক্ষিণাগী শরূক লেপ্নগনি ॥ ২১১ ॥

ধর্ম্মগী থবক তৌহন্নবগীদমক নিজরবা মীদা শেল থন্না পীবা নত্রগা পীগে হায়খ্রবা শেল অদু নিরিবা মী অতুনা শেল লৌথোক্রগা থবক অদু তৌত্রবদি অপীবা মীনা মাগী শেল অমুক লৌশিন-গদবনি, পীগে হায়খ্রবত্সু পীরোইদকনি ॥ ২১২ ॥

নিরিবা মী অতুনা অপাম্বনচিংবনা ময়ম ওইদুনা শেল অদু হন্জক্ত্রবা নত্রগা পীগে হায়রবনি হায়দুনা নমদুনা লৌরবা—অদু ওইরবদি নিংথৌনা মহাকপু হুরানবগী পাপ অতুদগী কোকথোক-পিনবা সুবর্ণ মোহর অমা হায়কোংহনগনি ॥ ২১৩ ॥

ভৃত্যৈরেবোদিতা ধর্ম্ম্যা যথাবদনপক্রিয়া।
অত ঊর্দ্ধং প্রবক্ষ্যামি বেতনস্যানপক্রিয়াম্ ॥ ২১৪
ভৃতো নার্ত্তো ন কুর্য্যাদ্ যো দর্পাৎ কর্ম্ম যথোদিতম্।
স দণ্ড্যঃ কৃষ্ণলান্যষ্টৌ ন দেয়ঞ্চাস্য বেতনম্ ॥ ২১৫
আর্ত্তস্তু কুর্য্যাৎ স্বস্থঃ সন্ যথাভাষিতমাদিতঃ।
স দীর্ঘস্যাপি কালস্য তল্লভেতৈব বেতনম্ ॥ ২১৬
যথোক্তমার্ত্তঃ স্বস্থো বা যস্তৎ কর্ম্ম ন কারয়েৎ।
ন তস্য বেতনং দেয়মল্পোনস্যাপি কর্ম্মণঃ ॥ ২১৭
এষ ধর্ম্মোঽখিলেনোক্তো বেতনাদানকর্ম্মণঃ।
অত ঊর্দ্ধং প্রবক্ষ্যামি ধর্ম্মং সময়ভেদিনাম্ ॥ ২১৮

---

দত্তানপকর্ম্ম ( দান তৌবা পোৎ হুবা ) গী ৱাদি হায়গ্রবসিনি, ছজীক মীনাইনচিংবগী থবক ফবা ফত্তবগী ফংফম থোকপা তলব ( অরামন ) কী মরমদা হায়গে তাবীয়ু ॥ ২১৪ ॥

মশা নাবা-য়েকপা করিস্মু অমত্তা তৌদনা মানা তৌগনি হায়না য়াথ্রবা থবকপু নাপলগা লোয়ননা তৌদ্রবা মীনাই ( থবক তৌবা মী ) অহুদি সনা কৃষ্ণল ৮ ( যব ২৪ ) ৱাকোংহনগনি অহুগা মাগী তলব অমত্তসু পীহল্লোই ॥ ২১৫ ॥

তশেং তশেংনা নাক্লবা অহুগা ফরক্লগনা মাগী তৌফম থোকপা মথৌ লোইনবা তৌবা অহুগুম্বা মীনাই অহুদি মতম অয়াম্বগী কংফম থোকপা অহুমক কায়দনা অমুক ফংগনি ॥ ২১৬ ॥

নারবসু নাদ্রবসু মশানা তৌগনি হায়না য়াথ্রবা থবক অমুক্ত মশামক্তা নাত্রবসু মী নেক্তনা তৌহন্দ্রবদি, অদ্রগা থবক অহুগী মথাক থরতংতবু লৈহৌরবদি, মাগী শেল করিস্মু ফংলোই ॥ ২১৭ ॥

চাউরাক্লা থবকী অরামন পীবগী মরমদি হায়রিবসিনি; ছজীক রাশক খুদারবগী মরমদা অমুক হায়রকে তাবীয়ু ॥ ২১৮ ॥

[illegible] ॥২৪

[illegible]

স [illegible]

পা [illegible]

[illegible] ॥২৬

পা [illegible]

[illegible] ॥২৭

---

নিংথৌনা মহাকপু [illegible] ( [illegible] ১২ [illegible] ) . [illegible] [illegible]হনগনি ( রাকোংহনগনি ) ॥ ২২৩ ॥

অজাওবগী লায়না চেন্নবী . নিত্তোন [illegible] [illegible] দোষ অহু কোঙ দোক্তনা লুহোঙ তুনা থাজরবদি, থাজরবা মী [illegible] [illegible] পণ ৯৬ [illegible] তৌগনি ॥ ২২৪ ॥

কনাগুম্বা নিপা অমনা কন্নক-[illegible]বদগী [illegible] মচা [illegible] "লৈশাবী অসিদি নিপা শম্নরবীনি, কুমারী নত্তে" অস্নুম হায়জিন্দুনা দোষ পীশিল্লগা মত্তুংদা চপচাবা প্রমাণ পীবা ঙম্মত্রবদি নিংথৌনা মহাকপু পণ ১০০ রাকোংহনগনি ॥ ২২৫ ॥

লুহোঙবগী মন্ত্র পূন্নমক কন্যাগীদমক্তা ওইনা লেংবনি;—কন্যা নত্তবী হায়বদি নিপা শম্নরবী নূপীগীদি থক ওইবা য়াদে;—মরম[illegible], মথোয় অতুদি ধর্ম্ম তানবগী য়াংমা লানথবীমক্তা ওইথ্রবনা ॥ ২২৬ ॥

লুহোঙবগী মন্ত্র পূন্নমক, নূপীবু কনাগুম্বগী নূপী ( মতু ) শেংনা ওইহন্নবগীদমক্তনি অতুগা অসিগুম্বা মন্ত্র থীগুনা কন্যাগী সপ্ত-পদীগমন ( খোঙথাং ৭ লক থাংবা—ঐখোয়গী চংনবীনা কন্যানা বরবু ৭ লক হন্না কোয়হুনা লৈ-চাইবা, লৈ-পরেং হুকপা ) [illegible] তৌরবদি মী অমগী থাক্লেশেংবা নূপী ওইরে হায়না পণ্ডিতশিংনা [illegible] লৈ; মসি তৌত্রিমটেবদি লুহোঙবা অতু মপুং ফাবা [illegible] ॥২২৭॥

যস্মিন্ যস্মিন্ কৃতে কার্য্যে যস্যেহানুশয়ো ভবেৎ।
তমনেন বিধানেন ধর্ম্ম্যে পথি নিবেশয়েৎ ॥ ২২৮
পশুষু স্বামিনাঞ্চৈব পালানাঞ্চ ব্যতিক্রমে।
বিবাদং সম্প্রবক্ষ্যামি যথাবদ্ধর্ম্মতত্ত্বতঃ ॥ ২২৯
দিবা বক্তব্যতা পালে রাত্রৌ স্বামিনি তদ্গৃহে।
যোগক্ষেমেঽন্যথা চেত্তু পালো বক্তব্যতামিয়াৎ ॥ ২৩০
গোপঃ ক্ষীরভৃতো যস্তু স দুহ্যাদ্দশতো বরান্।
গোস্বাম্যনুমতে ভৃত্যঃ সা স্যাৎপালেঽভৃতে ভৃতিঃ ॥ ২৩১

---

তোথোকখ্রগা কোম্না নিঙঙ্গ্রক্তবা হায়বদি অমুক হেক্ক ওহোকনিঙলকপা অতুগুম্বা থবক্তা নিংথৌনা অসিগুম্বা নিয়ম অনিগী মতুংইন্না অতুগুম্বা থবক পূম্নমক্তা ধর্ম্মগী লম্বী কায়দনবা শেগগনি ॥ ২২৮ ॥

শা-ষণনচিংবগী মরমদা মপুগা অয়োকপা মীগা অনিগী লৈনবা হৌনবা নিয়ম অহু থুগায়নরকপদগী থোক্লকপা হৌনবা য়াথোকশিং অতুগী মরম হায়রক্কে তাও ॥ ২২৯ ॥

অয়ুক-হুংথিল শেম্নবগীদমক্তা অশেনবা মীদা শিন্নখ্রবা শা-ষণ অতুগী করিগুম্বা কওবা থোক্লরবদি শেম্নরিবা মী অতুগী দায়ীনি; অতুগা অহিংদা মপুগী য়ুমদা শিমতুনা পীরম্লবা শা-ষণনা শিবনচিংবা থোক্লবদি মতুনা মপুগী দোষনি, শেম্নবা মীগী মরাল নত্তে—অতুগা করিগুম্বা অহিং-হুংথিল অনিমক্কী ওইনা শেন্নবা মীদা শিন্নখ্রবা ওইরবদি অহিংদা শিরম্বনচিংবগীসু শেম্নবা মীগী দায়ীনি ॥ ২৩০ ॥

ষণশেন-ষণঙাক তৌরিবা মী অদুবু মপুনা পীজ-পীথক তৌহনা থাকপিবা মী নত্রবদি অতুগা শেলগী মহুত্তা শংগোম ওইনা ষণশেন-মন লৌবা তারবদি ষণবুগী য়াথং মতুংইন্না ষণবী ১০গী মতুংদা থ্বায়দগী হেন্না মথোম থোকপী ষণবী অতুগী মথোম তুম্নগা লৌগ-দবনি—মসিনা অরামন অদৈত পীদবগী নিয়মনি ॥ ২৩১ ॥

নষ্টং বিনষ্টং কৃমিভিঃ শ্বহতং বিষমে মৃতম্।
হীনং পুরুষকারেণ প্রদদ্যাৎ পাল এব তু॥ ২৩২
বিঘুষ্য তু হৃতং চৌরৈর্ন পালো দাতুমর্হতি।
যদি দেশে চ কালে চ স্বামিনঃ স্বস্য শংসতি॥ ২৩৩
কর্ণৌ চর্ম্ম চ বালাংশ্চ বস্তিং স্নায়ুঞ্চ রোচনাম্।
পশুষু স্বামিনাং দদ্যান্মৃতেষঙ্কানি দর্শয়েৎ॥ ২৩৪
অজাবিকে তু সংরুদ্ধে বৃকৈঃ পালে ত্বনায়তি।
যাং প্রসহ্য বৃকো হন্যাৎ পালে তৎকিল্বিষং ভবেৎ॥ ২৩৫

---

শেল্লিবা মীনা থৌশাদবদগী করিগুম্বা শা-ষণনা থাপ্না চং-থোকখিবা, লিন্না চীক্তূনা শিবা, হুইনচিংবা শানা চীকপা নত্রগা চাথোকপা তৌথ্রবা নত্রগা অরাংবা মফমদগী তাত্থনা শিবা অত্থু ওইরবদি মাঙ্খিবা নত্রগা চেনখিবা নত্রগা শিথ্রিবা শা অত্থু শেন্নবা মীনা শিংগদবনি॥ ২৩২॥

অহৌবা পুং-শেলনচিংবা য়ৈত্থনা হুরানবা ডাকু ময়ামনা অশেনবা মীদগী শা-শল হুত্থনা পুখ্রবদা শেন্নবা মী অত্থনা মতম চানা অনকপগা লৈবা মপুদা পাউ পীররবদি হুখ্রিবা শা-শল অত্থুগী-দমক শেন্নবা মীনা দায়ী পুরোই॥ ২৩৩॥

শা-শলনা মথন্তা শিজরকপা থোক্লবদি মাবু শেন্নবা মীনা শা অত্থুগী মনাকোঙ্ অনি, শউন, মশমমনা, থোয়দৌ মখাগী শন্নাক (চনিঙ্), শিংলী-মাউরী অমসুং গোরোচন-নচিংবা মপুনা উবদা মাগী শা অত্থু মথন্তা শিজবনি হায়বা হেক্তমক খঙ্গদবা অত্থুগুম্বা শা অত্থুগী কায়াৎ পুন্নমক অত্থু মপুদা উৎকনি॥ ২৩৪॥

শেন্নবা মীনা মশা লৈত্রিঙৈদা কৈশাল লাক্তুনা য়াউ অমদি হামেঙ্ সঙ্গুবু থৎলগা করিগুম্বা শা অমা হাৎখিবা থোক্লবদি হাৎ-খ্রিবা শা অত্থু শেন্নবা মীনা মপুদা শিংগদবনি॥ ২৩৫॥

তাসাং চেদবরুদ্ধানাং চরন্তীনাং মিথো বনে।
যামুৎপ্লুত্য বৃকো হন্যান্ন পালস্তত্র কিল্বিষী ॥ ২৩৬
ধনুঃ শতং পরীহারো গ্রামস্ত স্তাৎ সমন্ততঃ।
শম্যাপাতাস্ত্রয়ো বাপি ত্রিগুণো নগরস্ত তু ॥ ২৩৭
তত্রাপরিবৃতং ধান্যং বিহিংস্যুঃ পশবো যদি।
ন তত্র প্রণয়েদ্দণ্ডং নৃপতিঃ পশুরক্ষিণাম্ ॥ ২৩৮
বৃতিং তত্র প্রকুর্ব্বীত যামুষ্ট্রো ন বিলোকয়েৎ।
ছিদ্রঞ্চ বারয়েৎ সর্ব্বং শ্ব-শূকরমুখানুগম্। ২৩৯

---

পূন্না শেনবা হামেঙ্ নচিংবা শাশিংনা সঙ্গু সঙ্গু চৎলিঙৈদা শেন্নবা মীগী মমাঙ্ মক্তদা কৈশাল চোংথোরক্তুনা শা হাৎলরবদি মহু শেন্নবা মীগী দায়ী ওইরোই ॥ ২৩৬ ॥

খুঙ্গঙ গী মায়কৈ মরিমক্তা লীরুং ১০০ হায়বদি খুতুপ ৪০০ পাকপা লম নত্রগা অচৌবা চৈগু অমা অহুম্নক লংবদা কোনবা লম অদুগী মথৈদি শা-ষণ শেন্ননবা থাক্কদবনি। সহবদনা মসিগী শরাক অহুম চাউনা ষঞ্জাবুং শেমগদবনি ॥ ২৩৭ ॥

অসিগুম্বা অহাঙ্বা মফম অসিদা কনাগুম্বনা শম্বনদি থাদনা মহৈ-মরোং থারবদি অতুগা মদুবু শা-ষণনচিংবনা চাথোক্তুনা মাঙ্-হল্লুরবদি মতুগী দমক নিংথৌনা শেন্নবা মীশিংবু থক দণ্ড তৌবী-রোইদবনি ॥ ২৩৮ ॥

অসিগুম্বা অহাঙ্বা মফমশিং অসিদদি অতোপ্পা নাকন্দগী উটনা মণ্ডক থাংগত্তুনা য়েংলকপদা উরোইদবা মণ্ডদা য়াম্না রাংনা থাগৎকদবনি অতুগা হূই অমদি ওকনচিংবনা মকোক থিংজিনবা য়াদনবা কুংনস্থু থিংগদবনি। অসুম্না শম্বন থারবমক্তদসু মহুংদা হৌরিবা মনা-মশীংনচিংবা অহু মাঙ্লক্লবদি শেন্নবা মীগী মরাললনি অহু নত্রবদি ওইদে ॥ ২৩৯ ॥

পথি ক্ষেত্রে পরিবৃতে গ্রামান্তীয়েঽথ বা পুনঃ।
সপালঃ শতদণ্ডার্হো বিপালাংবারয়েৎ পশূন্॥ ২৪০
ক্ষেত্রেষ্বন্যেষু তু পশুঃ সপাদং পণমর্হতি।
সর্ব্বত্র তু সদো দেয়ঃ ক্ষেত্রিকস্যেতি ধারণা॥ ২৪১
অনির্দ্দশাহাং গাং সূতাং বৃষান্ দেবপশূংস্তথা।
সপালান্ বা বিপালান্ বা ন দণ্ড্যান্ মনুরব্রবীৎ॥ ২৪২
ক্ষেত্রিকস্যাত্যয়ে দণ্ডো ভাগাদ্দশগুণো ভবেৎ।
ততোঽর্দ্ধদণ্ডো ভৃত্যানামজ্ঞানাৎ ক্ষেত্রিকস্য তু॥ ২৪৩

---

লম্বেন নাকন্দা লৈবা, খুনগী মতাই নত্রগা শঞ্জাবূংনচিংবগা নক্লনা লৈবা শম্বন খাবা মফমদা শেন্নবা মী লৈনা লৈনা শা-ষণনা মশুং চংহনা মহৈ-মরোং মাঙ্হল্লবদি নিংথৌনা শেন্নবা মী অদুবু পণ ১০০ ৱাকোংহনগনি ; শেন্নবা য়াওদবা শা-শলনচিংবদি লৌ-ইংখোল মপুনা ঙাকচগদবনি॥ ২৪০॥

লম্বী, খুঞ্জীন অমদি ষঞ্জাবুং নত্তবা মফমদা হৌবা মহৈ-মরোংবু শা-শলনা চাথোকখ্রবদি শেল্লিবা মী অহুনা পণ অমগা খুজিং ৫গা (খুজিং ১৫) ৱাকোংগনি, অহুগা অসিগুম্বা থৌদোক পুন্নমক্তদি শা-ষণ মপুনা লৌ-ইংখোল মপুদা মাঙ্খ্রিবা মহৈ-মরোং অহুগী মতিক চাবা শেলনা ক্ষতিপূরণ পীগদবনি॥ ২৪১॥

মচা পোকপা কুইদ্রিবী হায়বদি মচা পোকপা ১০ নি শুদ্রিবী ষণবী, ত্রিশূল য়েক্তূনা (খাবৈ নমহুনা) কাও থাখ্রবা হণ লাবা, লাইদা কৎখ্রবা শা—মখোয় অসিনা শেন্নবা মী য়ূ ৎ বস্তু য়াওদ্রবস্তু মথক্তা হায়ব্রিবা অসুম্না মহৈ-মরোং মাঙ্হনখিবগীদমক্তি ফরিগুম্বা দণ্ডি অমত্তা লৈতে—মহুনা হায়রম্মী॥ ২৪২॥

লৌউবা মীগী মশল অতুমক্লা মহৈ-মরোং চাব্রবদি নত্রগা লৌমীনা মতম চাদনা লৌবুক্তা মক্ল হল্লবদি—অহুগা মহুনা মরম ওইদ-হনা নিংথৌদা কা-ফম থোকপা শরক্তা অমাঙ্বা থোকহল্লবদি মাঙ্-হল্লিবা নিংথৌগী শরাক অহুগী শরক ১০ হেনগৎমা ফম্মনজদবনি

এতদ্বিধানমাতিষ্ঠেদ্ধার্মিকঃ পৃথিবীপতিঃ
স্বামিনাঞ্চ পশূনাঞ্চ পালানাঞ্চ ব্যতিক্রমে ॥ ২৪৪
সীমাং প্রতি সমুৎপন্নে বিবাদে গ্রাময়োর্দ্বয়োঃ ।
জ্যৈষ্ঠে মাসি নয়েৎ সীমাং সুপ্রকাশেষু সেতুষু ॥ ২৪৫
সীমাবৃক্ষাংশ্চ কুর্বীত ন্যগ্রোধাশ্বত্থকিংশুকান্ ।
শাল্মলীশালতালাংশ্চ ক্ষীরিণশ্চৈব পাদপান্ ॥ ২৪৬
গুল্মান্ বেণূংশ্চ বিবিধান্ শমীবল্লীস্থলানি চ ।
শরান্ কুব্জকগুল্মাংশ্চ তথা সীমা ন নশ্যতি ॥ ২৪৭
তড়াগান্যুদপানানি বাপ্যঃ প্রস্রবণানি চ ।
সীমাসন্ধিষু কার্য্যাণি দেবতায়তনানি চ ॥ ২৪৮

---

(দণ্ড তৌগদবনি) অহুগা লৌমী অহুনদি খওদনা মাগী মচা-মনাইশিংনা হায়খিবা মরাল অসি তৌবগীদমক্তি লৌমী অদুবু শরুক ৫ ত্তমক পীহন্দুনা দণ্ড তৌগনি ॥ ২৪৩ ॥

মপু অমসুং শেম্বা মীনা শেম্বা রাৎপা অমদি শা-যণনা মহৈ-মরোংনচিংবা চাথোকপনচিংবা অসিগুম্বা থোক্লবদা ধর্ম্ম চেনবা নিংথৌনা মথক্কী ব্যবস্থা অসি তৌগনি ॥ ২৪৪ ॥

খুল অনিগী লাংদাইগী মরমদা য়া থোক্লরবদি, কালেন থাদা ঙুমিংকী মঙাম্না নাপী-শীংবী কংশিনথিবনা ত্তমথৈ য়াৎপগী খুদম-চিংবন্থ তশেং তশেংনা উবা ফংই, মরম অসিনা নিংথৌনা মতম অসিদা ত্তমথৈগী য়ায়েন-থৌদাগী থবক তৌগনি ॥ ২৪৫ ॥

ত্তমথৈ খঙনবগীদমক থোংনাং বট, সনাথোংনাং, পাংগোং, তেক্ক, চীংগু, কোনা অমদি হৈবোংনচিংবা মথোম থোকপা অমদি মতম কুইনা পুন্সীবা উপাম্বী ময়াম থাগদবনি ॥ ২৪৬ ॥

লী-পাম্বীগুম্বা জাৎ, য়া, ক্যামলৈ, উরী-রাম্বী লৈপুং, শীংউৎ-শীংনাং, অলোং, অসিনচিংবা পাম্বীবু ত্তমথৈ য়াংনবা থুদম ওইন-রবদি থক ত্তমথৈ মাঙবা ত্তমদে ॥ ২৪৭ ॥

ত্তমথৈ অনিগী তাইনবদা পুখ্রী অচৌবা, পুখ্রী পুখ্রীমচা

উপচ্ছন্নানি চান্যানি সীমালিঙ্গানি কারয়েৎ।
সীমাজ্ঞানে নৃণাং বীক্ষ্য নিত্যং লোকে বিপর্য্যয়ম্॥২৪৯
অশ্মানোঽস্থীনি গোবালাংস্তুষান্ ভস্মকপালিকাঃ।
করীষমিষ্টকাঙ্গারাংশর্করা বালুকাস্তথা॥ ২৫০
যানি চৈবম্প্রকারাণি কালাদ্ভূমির্ন ভক্ষয়েৎ।
তানি সন্ধিষু সীমায়ামপ্রকাশানি কারয়েৎ॥ ২৫১
এতৈর্লিঙ্গৈর্নয়েৎ সীমাং রাজা বিবদমানয়োঃ।
পূর্ব্বভুক্ত্যা চ সততমুদকস্যাগমেন চ॥ ২৫২
যদি সংশয় এব স্যাল্লিঙ্গানামপি দর্শনে।
সাক্ষিপ্রত্যয় এব স্যাৎ সীমাবাদবিনির্ণয়ঃ॥ ২৫৩

---

ঈশিং-খোং অমসুং লাইসী থুবস য়াহনা থমগদবনি, অসিগুম্বা থূদম থন্নবদি ঈশিং শোকপা-লাকপনচিংবা মীয়াম তিম্দুনতা লৈবনা ওমখৈ অহ্ মতম কুইনা অসুম লেংদনা লৈ॥ ২৪৮॥

অসিদসু নত্তনা অরোনবা ওমখৈ য়াৎনবা থূদমশিংসু থম্নবা হৌনৈ—মরমদি ওমখৈগীদমক মীনা তোয়না তোয়না খৎনগনি॥ ২৪৯॥

নুংজাউ, শরু, ষণমমৈ, রাই, উং, নুংজ্রেঙ্, চেক্কেক্, চেক, মৈতান, চেগায় অমসুং লৈঙোই অসিনচিংবসি লমগী ওমখৈ তাই-নকমদা লৈপাক্তা ফুমহনা লোম্না থমগদবনি॥ ২৫০॥

অসিগুম্বা মতম কুইনা লৈমুংদা থম্বদা লেঙ্দবা অতোপ্পা পোৎসু মী খঙ্হন্দনা (লৈমুংদা) ওমখৈ লমদা ফুমহনা থমগ-দবনি॥ ২৫১॥

অসিগুম্বা অরোনবা অমসুং অকোংবা থূদমশিং অসিনা, ভুজেলনচিংবা ঈচেল লাইবা পোৎনা অমদি মতম কুইনা অসুম দখল তৌহনা, লৈবাকপানচিংবা রেংহনা নিংথৌনা থৎনরিবা লমগী ওমখৈ অহ্ লেপনবনি॥ ২৫২॥

গ্রামীয়ককুলানাঞ্চ সমক্ষং সীম্নি সাক্ষিণঃ।
প্রষ্টব্যাঃ সীমলিঙ্গানি তয়োশ্চৈব বিবাদিনোঃ ॥ ২৫৪
তে পৃষ্টাস্তু যথা ব্রূয়ুঃ সমস্তাঃ সীম্নি নিশ্চয়ম্।
নিবধ্নীয়াত্তথা সীমাং সর্ব্বাংস্তাংশ্চৈব নামতঃ ॥ ২৫৫
শিরোভিস্তে গৃহীত্বোর্ব্বীং স্রগ্বিণো রক্তবাসসঃ।
সুকৃতৈঃ শাপিতাঃ স্বৈঃ স্বৈর্নয়েয়ুস্তে সমঞ্জসম্ ॥ ২৫৬
যথোক্তেন নয়ন্তস্তে পূয়ন্তে সত্যসাক্ষিণঃ।
বিপরীতং নয়ন্তস্তু দাপ্যাঃ স্যুর্দ্বিশতং দমম্। ২৫৭
সাক্ষ্যভাবে তু চত্বারো গ্রামাঃ সামন্তবাসিনঃ।
সীমাবিনির্ণয়ং কুর্য্যুঃ প্রযতা রাজসন্নিধৌ ॥ ২৫৮

---

অসিগুম্বা থূদমশিং অসি উন-উনমক চিংনবা কোকণ্ডমত্রবদি সাক্ষীগী মরা লৌতুনা ঙমথৈ লেপকদবনি ॥ ২৫৩ ॥

লমথৈ খণ্ড নদবগী চিংনবা য়াওরকপদা খুলগী মীয়াম মমাঙ্দা অমদি বাদী বিবাদীগীস্রু মমাঙ্দা সাক্ষীশিংগী মরা হংগনি ॥ ২৫৪ ॥

হায়রিবা সাক্ষীশিং অসিবু অস্নুম্না হংবদা ঙমথৈ লেপ্লগী মরমদা মথোয়না হায়বা মরোল অতুগা সাক্ষিশিংগী মমিং মথাগা কোম্না ঙমথৈ লাইরিক্তা ইশিন্দুনা থমগনি ॥ ২৫৫ ॥

সাক্ষীশিংনা ফিঙাঙ্ শেৎলগা, লৈপরেং অঙাঙ্বা শিজুনা মকোক্তা লৈপাক হাপ্তূনা ( শোক্তূনা ) মথোয় মশা মশাগী মিংচৎ-নচিংবা অতু পন্দুনা রাশক্লগা ঙমথৈ লেপ্লগী রা হায়গনি ॥ ২৫৬ ॥

অচুম্বনা মাঙ্ওইনবা সাক্ষীশিংনা অশেংবা রা হায়বনা পাপ চঙ্দে ; অতুগা মীনম্বা ওইদবা হায়বা মীশিং অদুবুদি নিংথৌনা মথোয় থূদিঙ্মকপু পণ ২৭০ । ২০০ রাকোংহনগনি ॥ ২৫৭ ॥

সাক্ষী লৈত্রবদি থুঙঙ্গী মায়কৈ মরিমক্তা লৈবা অথনবা নিপা মরিদা নিংথৌগী মাঙ্দা য়াম্না চেকশিন্না (মিরলগী মথা পোম্না ) শোয়দনবা হোৎনদুনা লমথৈ লেপ্লগী থবক তৌগনি ॥২৫৮॥

সামন্তানামভাবে তু মৌলানাং সীম্নি সাক্ষিণাম্।
ইমানপ্যনুযুঞ্জীত পুরুষান্ বনগোচরান্॥ ২৫৯
ব্যাধাঞ্ছাকুনিকান্ গোপান্ কৈবর্ত্তান্মূলখানকান্।
ব্যালগ্রাহানুঞ্ছবৃত্তীনন্যাংশ্চ বনচারিণঃ॥ ২৬০
তে পৃষ্টাস্তু যথা ব্রূয়ুঃ সীমাসন্ধিষু লক্ষণম্।
তৎ তথা স্থাপয়েদ্রাজা ধর্ম্মেণ গ্রাময়োর্দ্বয়োঃ॥ ২৬১
ক্ষেত্র-কূপ-তড়াগানামারামস্য গৃহস্য চ।
সামন্তপ্রত্যয়ো জ্ঞেয়ঃ সীমা-সেতুবিনির্ণয়ঃ॥ ২৬২

---

খুলগী মকোক পানবা মী লৈত্রবদি (লমথৈ তুপ্পা ভম্বা) মোল হায়বদি মফম অত্থুদা খুন্দাবা হৌবদগী মপা মপু মথং মথং অত্থুম্মক লৈরক্লুনা লম্মিৎ-তুমিৎ মুম্না খঙ্লবা মী—অসিগুম্বা মী-ওইবু লমথৈ য়াৎপগী থবক তৌহনগদবনি; মথোয় অসিগুম্বমকসু ফংখিত্রগনা মথাদা হায়রক্লিবা বনদা লৈবা নিপাশিংগী সাক্ষ্য লৌগনি॥ ২৫৯॥

শাতানবা, উচেক কোয়না থিত্থনা হাৎপা কাঙ্বু (উচেক তানবা), ষণ লোইবা গোয়ালা, ঙা ফাবা ভুম, উমংদা হিদাক-লাংথক থিত্থনা তানবা মী, লিন শান্নবা মী, মহৈ-মরোং খুন্দুনা চাবা অতোনবা মী, অমদি উহৈ-রাহৈ-লৈ অমদি শীংচনবনচিংবা তৌত্থনা চাবা—অসিগুম্বা উমং-রামংদা তোয়না চৎথোক-চৎশিন তৌবা কাংবু অসিবু লমথৈগী মরমদা মরা লৌনবা রা হংগ-দবনি॥ ২৬০॥

মথক্তা হায়খ্রিবা শাতানবনচিংবশিং অসিদা নিংথৌনা হংলগা লমথৈগী মরমদা মথোয়না হায়বা অত্থুগী মতুংইন্না খুনঙ্ অনিগী লাংদায়ফম য়াৎকদবনি॥ ২৬১॥

লৌবুক, কুহা, পুখ্রী অচৌবা, হৈকোন-লৈকোন, অমদি য়ুম-কৈ অসিনচিংবশী লমথৈদা থৎনরক্লবদি য়ুমলোন-কৈরোম্বা সাক্ষীনা

সামন্তাশ্চেন্মৃষা ব্রূয়ুঃ সেতৌ বিবদতাং নৃণাম্।
সর্ব্বে পৃথক্ পৃথগ্দণ্ড্যা রাজ্ঞা মধ্যমসাহসম্॥ ২৬৩
গৃহং তড়াগমারামং ক্ষেত্রং বা ভীষয়া হরন্।
শতানি পঞ্চ দণ্ড্যঃ স্যাদজ্ঞানাদ্দ্বিশতো দমঃ॥ ২৬৪
সীমায়ামবিষহ্যায়াং স্বয়ং রাজৈব ধর্ম্মবিৎ।
প্রদিশেদ্ভূমিমেতেষামুপকারাদিতি স্থিতিঃ॥ ২৬৫
এষোঽখিলেনাভিহিতো ধর্ম্মঃ সীমাবিনির্ণয়ে।
অত ঊর্দ্ধং প্রবক্ষ্যামি বাক্পারুষ্যবিনির্ণয়ম্॥ ২৬৬
শতং ব্রাহ্মণমাক্রুশ্য ক্ষত্রিয়ো দণ্ডমর্হতি।
বৈশ্যোঽপ্যর্দ্ধশতং দ্বে বা শূদ্রস্তু বধমর্হতি॥ ২৬৭

---

অতুম্মক চৎনগনি, মসিগুম্বদদি শাতানবনচিংবগী কাম্নবা লৈতে ॥ ২৬২ ॥

খুনগী মকোক মকোক ওইবশিংনা—ঙমখৈ য়েৎনরকপদা অরানবা সাক্ষী পীরক্লবদি নিংথৌনা মখোয়বু মী অমমমগী ওইনা মধ্যম সাহস হায়বদি পণ ৫০০। ৫০০ গী দণ্ডি পীগনি ॥ ২৬৩ ॥

হাংকে- তুপকে হায়না কিহন্দুনা কনাগুম্বনা অতোপ্পা মীগী মখুম, পুখ্রী অচৌবা, হৈকোল-লৈকোন অমদি লৌবুক্কচিংবা নমহুনা লৌক্করবদি মহাকপু পণ ৫০০ ব্লাকোংহনগনি অতুগা করিগুম্বা খঙ্দনা তৌরুবগীদি পণ ২০০ দমক কোংহনগনি ॥ ২৬৪ ॥

ঙমখৈ য়াৎপা খূদম অমদি সাক্ষীনচিংবা লৈতহূনা অরেপ্পা খঙ্নবা ঙমত্রবদি ধর্ম্ম খঙ্বা নিংথৌনা মওঙ্ অসুম্না য়াৎলগা হেম্না কাম্নগনি হায়না মহাক্না খনবা মতুংইন্না ঙমখৈ তাকনি অসুম হায়না শাস্ত্রনা মত্ত পিরি ॥ ২৬৫ ॥

ঙমখৈ য়াৎপগী মরম নখোয়দা হায়রবসিনি—মথংদদি বাক্‌-পারুষ্য ( মীবু থানা চৈবা ) গী মরমদা অমুক হায়গে ॥ ২৬৬ ॥

ক্ষেত্রিনা ব্রাহ্মণবু হূরানবা শীহুনা চৈবা-থাহবা তৌরবদি ( হূরানবনি হায়রক্লিন্দুনা ইকাইবা পীরবদি ) ক্ষেত্রি অদু পণ ১০০

পঞ্চাশদ্ ব্রাহ্মণো দণ্ড্যঃ ক্ষত্রিয়স্যাভিশংসনে।
বৈশ্যে স্যাদর্দ্ধপঞ্চাশচ্ছূদ্রে দ্বাদশকো দমঃ ॥ ২৬৮
সমবর্ণে দ্বিজাতীনাং দ্বাদশৈব ব্যতিক্রমে।
বাদেষ্ববচনীয়েষু তদেব দ্বিগুণং ভবেৎ ॥ ২৬৯
একজাতির্দ্বিজাতীংস্তু বাচা দারুণয়া ক্ষিপন্।
জিহ্বায়াঃ প্রাপ্নুয়াচ্ছেদং জঘন্যপ্রভবো হি সঃ ॥ ২৭০
নামজাতি গ্রহংত্বেষামভিদ্রোহেণ কুর্ব্বতঃ।
নিক্ষেপ্যোঽয়োময়ঃ শঙ্কুর্জ্বলন্নাস্যে দশাঙ্গুলঃ ॥ ২৭১

---

ব্রাকোংগনি, অসুম তৌনা বৈশ্যদনা পণ ১৫০ নত্রগা ২০০ ব্রাকোং-হনগনি ; শূদ্র ওইরগনা য়েবা-চৈবা তৌহনা মশাদা অয়াবা থাঙ্-হনগনি ॥ ২৬৭ ॥

মতৌ অসুম্না ব্রাহ্মণনা ক্ষেত্রিদা চৈরবদি ব্রাহ্মণ অদু পণ ৫০ ব্রাকোংহনগনি, বৈশ্যবু চৈরুবদনা পণ ২৫ অদুদা শূদ্রদা ওইরগনা পণ ১২ ব্রাকোংহনগনি ॥ ২৬৮ ॥

ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি অমসুং বৈশ্যনা মান্ন-মান্নবা বর্ণ মশেল মন্না-মচলনচিংবগী মরমদা হায়ফদবা রা হায়দুনা অথীবা রাহৈনা চৈন-থাংনবা তৌরবদি—ব্রাহ্মণগীনা পণ ১০০, ক্ষেত্রিগীনা পণ ২০০ অদুগা বৈশ্যগীনা পণ ৩০০ ব্রাকোংহনগনি ॥ ২৬৯ ॥

জাতি অমত্তনা হায়বদি শূদ্রনা ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি নত্রগা বৈশ্যবু অয়াকপা রাহৈনা চৈবা-থাংবা তৌরবদি শূদ্র অদুগী মরৈ ককথৎ-কনি ; মরমদি—ব্রহ্মাগী মখোঙ্গী মশক ওইরবা অতোনবা মফমদগী মাগী পোকফম ওইরকপনি ॥ ২৭০ ॥

মমিং অমসুং জাতি পন্দুনা শূদ্রনা ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি অমদি বৈশ্যগী মথক্তা অশাউবা উংলবদি শূদ্র অদুগী মচীন্দা খুদোল ১০ শাংবা মৈ-ঈকপা মচীন তুম্বা য়োৎ অমা থংশিনগনি ॥ ২৭১ ॥

ধর্মোপদেশং দর্পেণ বিপ্রাণামস্য কুর্বতঃ।
তপ্তমাসেচয়েৎ তৈলং বক্ত্রে, শ্রোত্রে চ পার্থিবঃ ॥ ২৭২
শ্রুতং দেশঞ্চ জাতিঞ্চ কর্ম্ম শারীরমেব চ।
বিতথেন ব্রুবন্ দর্পাদ্দাপ্যঃ স্যাদ্দ্বিশতং দমম্ ॥ ২৭৩
কাণং বাপ্যথবা খঞ্জমন্যং বাপি তথাবিধম্।
তথ্যেনাপি ব্রুবন্ দাপ্যো দণ্ডং কার্ষাপণাবরম্ ॥ ২৭৪
মাতরং পিতরং জায়াং ভ্রাতরং তনয়ং গুরুম্।
আক্ষারয়ঞ্ছতং দাপ্যঃ পন্থানঞ্চাদদদ্গুরোঃ ॥ ২৭৫

---

নাপলগা লোয়ননা শূদ্রনা ব্রাহ্মণদা নখোয়দি অসিগুম্বা ধর্ম্ম চৎকদবনি হায়বনচিংবা তৌহুনা ধর্ম্মগী পাউতাক পীরুরবদি নিং-থৌনা মাগী মচীন্দা অমদি মনাকোঙ্দা থাউ অশাবা হৈজিলহন-গনি ॥ ২৭২ ॥

কনাগুম্বনা মাগী জাতিগী লৌ-ইংখোলগী পাকপা-চাউবা, মরৈবাক, জাতি অমদি লৈবাক-মচা তাবনচিংবগী মরমদা নাপল তৌহুনা ওইদবা রা ঙাঙ্লবদি হায়বদি, নঙ্দি তাত্রি খঙ্ত্রি, নঙ্দি লৈবাক অসিদা পোকপা মচা নত্তে, নঙ্দি ঐখোয়গা জাত তিন্নদে, নঙ্গীদি নাহুৎ-নারেংনচিংবা সংস্কার লৈতে—অসুম্না হায়র-বদি ( অতোপ্পা অমবু হুন্দুনা ঙাঙ্লবদি ) নিপা অদুবু পণ ২০০ রাকোংহনগনি ॥ ২৭৩ ॥

থাঙ্গৈশেংনা মমিৎ তাঙ্বা মখোঙ তেকপা নত্রগা মনম পোনবা মী অদুবু মী অমনা মিত্তাঙ্বা, খোঙ্তেকপা হায়বনচিংবা রাহৈনা কৌবা ঙাঙ্বা তৌরবদি নিংথৌনা নিপা অদুবু কার্ষাপণ অমা দণ্ড তৌগনি ॥ ২৭৪ ॥

মমা, মপা, মতু, মচীন্মনাউ, মচানিপা অমদি গুরু—মখোয় অসিদা চৈবা থাংবা তৌবা অমদি গুরু লাক্লগা লম চায়থোক্তবা মী —মখোয় অসিবুদি নিংথৌনা পণ ১০০ দণ্ডি তৌগনি হায়বদি জরি তৌগনি ॥ ২৭৫ ॥

ব্রাহ্মণক্ষত্রিয়াভ্যাং তু দণ্ডঃ কার্য্যো বিজানতা।
ব্রাহ্মণে সাহসঃ পূর্ব্বঃ ক্ষত্রিয়ে ত্বেব মধ্যমঃ ॥ ২৭৬
বিট্শূদ্রয়োরেবমেব স্বজাতিং প্রতি তত্ত্বতঃ।
ছেদবর্জ্জং প্রণয়নং দণ্ডস্যেতি বিনিশ্চয়ঃ ॥ ২৭৭
এষ দণ্ডবিধিঃ প্রোক্তো বাক্পারুষ্যস্য তত্ত্বতঃ।
অত ঊর্দ্ধং প্রবক্ষ্যামি দণ্ডপারুষ্যনির্ণয়ম্ ॥ ২৭৮
যেন কেনচিদঙ্গেন হিংস্যাচ্চেচ্ছ্রেষ্ঠমন্ত্যজঃ।
ছেত্তব্যং তত্তদেবাস্য তন্মনোরনুশাসনম্ ॥ ২৭৯
পাণিমুদ্যম্য দণ্ডং বা পাণিচ্ছেদনমর্হতি।
পাদেন প্রহরন্ কোপাৎ পাদচ্ছেদনমর্হতি ॥ ২৮০

---

ব্রাহ্মণ অমসুং ক্ষেত্রিনা মহৈ মহৈ জাত তানবা য়াবা (মাঙ্নবা য়াবা) রাহৈ হায়নতুনা চৈনরবদি নিংথৌনা ব্রাহ্মণ অদুবু *পূর্ব্বসাহস অতুগা ক্ষেত্রি অদুবুনা মধ্যম সাহসকী দণ্ড পীগনি ॥ ২৭৬ ॥

বৈশ্য অমসুং শূদ্রনা মাগী মাগী জাতি অমদি পাপকী থবক্ক-চিংবা পন্দুনা মহৈ মহৈ চৈনরবদি নিংথৌনা বৈশ্যবু প্রথম সাহস অতুগা শূদ্রবুনা মরৈ ককথৎপগী মহুত্তা মধ্যম সাহস-দণ্ড পীগনি। দণ্ড পীবগী মওঙ্দি অসুম তৌগনি ॥ ২৭৭ ॥

চৈন-থাংনবগী দণ্ডবিধিগী অকুপ্পা মরোলদি হায়রবসিনি, মথংদা অমুক দণ্ডপারুষ্য ( য়ৈন-শুনবা ) গী বিধি হায়রক্কে ॥২৭৮॥

মনুনা হায়রম্মী—শূদ্রনা মাগী করিগুম্বা ইন্দ্রিনা ( মথোঙ-মখূৎনচিংবনা ) মঙোন্দগী হেন্না ফবা জাতিগী মাবু য়ৈব-খোৎপা তৌরুরবদি নিংথৌনা মহাক্কা ( শূদ্র ) য়ৈরু-ফূরুবা তৌরিবা মশাগী শরাক অতু ককথৎকনি ॥ ২৭৯ ॥

শূদ্রনা অহেনবা জাতিদা য়ৈবা-ফূবা তৌনবগীদমক মখূৎ নত্রগা

---

* সাহস = দণ্ড মথল অমা। মসিবু অয়াংবা, মরায় ওইবা, অমসুং অন্নবা অহুম্না মথল অহুম পোকই। মথল অহুম অসিগী মহুত্তা শেলনা হাকোংহনবসু চৎলৈ।

সহাসনমভিপ্রেপ্সুরুৎকৃষ্টস্যাপকৃষ্টজঃ।
কট্যাং কৃতাঙ্কো নির্বাস্যঃ স্ফিচং বাস্যাবকর্তয়েৎ ॥২৮১
অবনিষ্ঠীবতো দর্পাদ্দ্বাবোষ্ঠৌ ছেদয়েন্নৃপঃ।
অবমূত্রয়তো মেঢ্রমবশর্দ্ধয়তো গুদম্ ॥ ২৮২
কেশেষু গৃহ্ণতো হস্তৌ ছেদয়েদবিচারয়ন্।
পাদয়োর্দাঢ়িকায়াঞ্চ গ্রীবায়াং বৃষণেষু চ ॥ ২৮৩
ত্বগ্‌ভেদকঃ শতং দণ্ড্যো লোহিতস্য চ দর্শকঃ।
মাংসভেত্তা তু ষণ্নিষ্কান্ প্রবাস্যস্ত্বস্থিভেদকঃ ॥ ২৮৪

---

চৈ থাংগৎলুরবদি নিংথৌনা মাগী মথুং ককথৎকনি, অতুগা শাউহনা মখোঙ্‌না কাওরুরবদি মখোঙ্‌ ককথৎকনি ॥ ২৮০ ॥

শূদ্রনচিংবা তোম্বা জাতিনা ব্রাহ্মণনচিংবা অহেনবা জাতিগা [illegible] অমত্তদা কঙ্খিল্লরবদি নিংথৌনা নিপা অতুগী মখ্বাঙ্‌দা মৈ-ঈকৃপা য়োৎনা নম্লগা মরৈবাকুগী তাম্থোকখিগনি নত্রগা শিবমক্তি শিরোইদবা মওঙ্‌দা মখ্বাঙ্‌ অতু লেম্থৎকনি ॥ ২৮১ ॥

শূদ্রনা ব্রাহ্মণগী মশাদা তোগে হায়বা য়াওনা মতিল শীৎ-চিল্লবদি নিংথৌনা মাগী মচীনবান অনিমক ককথৎকনি; মযুং হাঙ্খিল্লগনা ফিন্নুংগী মশা (অধীতম=লিঙ্গ) ককথৎকনি, অতুগা তুংশিৎ থাইজিল্লুবগীনা গুহ্যদেশ (থী-ফায়কম) অতু ককথৎহন-গনি ॥ ২৮২ ॥

শূদ্রনা নাপল তৌহনা (উশীওহনা) মখুৎনা ব্রাহ্মণগী মশম পায়রুরবদি নত্রগা হিংসাগী পুকচেল চেন্দুনা ব্রাহ্মণগী মখোঙ্‌ অনি মকোই, খৌরী, নত্রগা অণ্ডকোষ (লুম অনি) পায়রু-চিংলুরবদি নিংথৌনা বিচার তৌবা লৈতনা মাগী মখুৎ অনিমক ককথৎ-কনি ॥ ২৮৩ ॥

মাম্রবা জাতি মশেলদা অমনা অমগী [illegible] [illegible] [illegible] পোকহল্লুবা তৌরবদি অমানবা মী অদুবু পণ ১০০ [illegible]

বনস্পতীনাং সর্ব্বেষামুপভোগো যথা যথা।
তথা তথা দমঃ কার্য্যো হিংসায়ামিতি ধারণা॥ ২৮৫
মনুষ্যাণাং পশূনাঞ্চ দুঃখায় প্রহৃতে সতি।
যথা যথা মহদ্দুঃখং দণ্ডং কুর্য্যাৎ তথা তথা॥ ২৮৬
অঙ্গাবপীড়নায়াঞ্চ ব্রণশোণিতয়োস্তথা।
সমুত্থানব্যয়ং দাপ্যঃ সর্ব্বদণ্ডমথাপি বা॥ ২৮৭
দ্রব্যাণি হিংস্যাদ্ যো যস্য জ্ঞানতোঽজ্ঞানতোঽপি বা।
স তস্যোৎপাদয়েত্তুষ্টিং রাজ্ঞো দদ্যাচ্চ তৎসমম্॥ ২৮৮

---

অহুগা তোংশা ফক্কুরবদি নিষ্ক ৬ ( সনা মোহর ৬ ) জরি তৌগনি অহুগা শরু তেকহল্লুরবদি লৈবাক্তগী তাম্বোক্কনি॥ ২৮৪ ॥

উপাষ্বীনচিংবা মাও হনবগীদি নিংথৌনা উপাল অহুগী মনা-মপাল-মহৈনচিংবা অমদি উগী অফবা ফত্তবনচিংবা মশক য়েংহুনা মাঙহল্লমলিবা মী অদুবু অহেনবা, ময়ায় ওইবা অমদি অতোনবা সাহস দণ্ড পীগনি॥ ২৮৫ ॥

মী নত্রগা শা-যণবু ফুহুনা চৈনা-খোল পীরুরবদি শা অহুনা অরাবা থাও খিবা চাং অহুগী মতুং-ইম্না অরাম-অয়াং নাইনা ফুরুবা মী অদুবু নিংথৌনা দণ্ড পীগনি॥ ২৮৬ ॥

হকচাং থিনগায়-হোগায়বা, অশোকপা নত্রগা ঈ-তাহনত্ম তৌরুরবদি য়ৈরুরিবা মী অহুনা অশোক্কপা মী অহুগী লায়েংবদা চঙ্খ্রা থরচ পুরুমক তৌগদবনি। মহু পীত্রবদি নিংথৌগী য়ায়কৈ-দগী পীবিগনি অহুগা লায়েংবদা চঙ্খ্রিবা থরচ অহুগী মতিক অরানবা মী অদুবু দণ্ড পীগনি॥ ২৮৭ ॥

থওনবু ওইরবস্তু থওদনবু ওইরবস্তু মীনা পুথব তেংকোন খুদাইনচিংবা পোৎ মাঙহনবদি মহুং অমসুং শিংহুবা থপু অহুনা পোৎলবা তৌগদবনি অহুগা নিংথৌদা অহুগা মাগবা [illegible] পীগৎকদবনি॥ ২৮৮ ॥

চর্ম-চার্মিকভাণ্ডেষু কাষ্ঠ লোষ্ট্রময়েষু চ।
মূল্যাৎ পঞ্চগুণো দণ্ডঃ পুষ্প-মূল-ফলেষু চ ॥ ২৮৯
যানস্য চৈব যাতুশ্চ যানস্বামিন এব চ।
দশাতিবর্ত্তনান্যাহুঃ শেষে দণ্ডো বিধীয়তে ॥ ২৯০
ছিন্ননাস্যে ভগ্নযুগে তির্য্যক্ প্রতিমুখাগতে।
অক্ষভঙ্গে চ যানস্য চক্রভঙ্গে তথৈব চ ॥ ২৯১
ছেদনে চৈব যন্ত্রাণাং যোক্ত্ররশ্ম্যোস্তথৈব চ।
আক্রন্দে চাপ্যপেহীতি ন দণ্ডং মনুরব্রবীৎ ॥ ২৯২

---

কল্লক-য়েংথা পূকচেন্না কনাগুম্বনা শউন, শউনথাউ, শীং-উ, অমদি লৈপাক্লা শাবা চফূনচিংবা পাত্র, লৈ ( মপালনচিংবা কান্নবা পোৎ ), লৈন্নুংদা তাবা পোৎ অমস্নুং উহৈ-রাহৈ মাঙ্ হল্লবদি পোৎ অহুগী পীবা হৌনবা মমলগী শরুক মঙা লাকথত্তুনা নিংথৌদা রাকোংগদবনি অমস্নুং পোৎ মপুবুস্নু পেলহন্নবা তৌগদবনি ॥ ২৮৯ ॥

রথনচিংবা তোংননবা পোৎনা, দোলাই থৌবনচিংবা তৌবা মীনা অমদি দোলাইনচিংবগী মপুনা হায়রক্কদৌরিবা মরম ১০ অসিদা অতোপ্পগী অমাঙ্বা থোকহল্লুবগীদি দণ্ড ফংফম লৈতে, মরম ১০ অসি নত্তবগীদি দণ্ড লৈগনি হায়না পণ্ডিতশিংনা হায় ॥ ২৯০ ॥

মরম ১০ অহু হায়রি মহুদি—ষণ লাবনচিংবগী মনাতোন্দা লেংবা নারেং থৌরী অহু তংখ্রবদি, রথনচিংবগী চৈথোক তেকখ্রবদি, লম্বী মকুৎ-মতোঙ্ নাইবদগী চাকাগী ময়ায়দা হাপলিবা উগী শরুক নথ্রগা চাকা অহুমক তেকথ্রবদি মহুগীদমক কনাবুস্নু দণ্ড পীরক্ক-রোই ॥ ২৯১ ॥

রথনচিংবা মী তোংননবা গাড়ীনচিংবগী পুল্লিবা শউন, শাগী চীনবুন থৌরী অমদি চূকলী তংথ্রবদি ( লাগাম ) অহুগা খোঞ্জেল হৌনা হয়া হয়া চেকশিন্নবা লাউরবমক্তদস্নু গাড়ী নথ্রগা দোলাইনা কন্নিগুম্বা থরায় শানবা হাৎপনচিংবা মরাল থোকখ্রবদি, মনুনা হায়রম্মী, মহুগীস্নু কনাবু দণ্ড পীকরোই ॥ ২৯২ ॥

যত্রাপবর্ত্ততে যুগ্যং বৈগুণ্যাৎ প্রাজকস্ত তু।
তত্রস্বামী ভবেদ্দণ্ড্যো হিংসায়াং দ্বিশতং দমম্ ॥ ২৯৩
প্রাজকশ্চেদ্ভবেদাপ্তঃ প্রাজকো দণ্ডমর্হতি।
যুগ্যস্থাঃ প্রাজকেনাহপ্তে সর্ব্বে দণ্ড্যাঃশতং শতম্ ॥২৯৪
স চেত্তু পথি সংরুদ্ধঃ পশুভির্বা রথেন বা।
প্রমাপয়েৎ প্রাণভৃতস্তত্র দণ্ডোহবিচারিতঃ। ২৯৫
মনুষ্যমারণে ক্ষিপ্রং চৌরবৎ কিল্বিষং ভবেৎ।
প্রাণভৃৎসু মহৎস্বর্দ্ধং গোগজোষ্ট্রহয়াদিষু ॥ ২৯৬
ক্ষুদ্রকাণাং পশূনান্তু হিংসায়াঃ দ্বিশতো দমঃ।
পঞ্চাশত্তু ভবেদ্দণ্ডঃ শুভেষু মৃগপক্ষিষু ॥ ২৯৭

---

শাথৌবা মীগী দোষনা গাড়ী, দোলাইনচিংবা লান্না থৌবদগী থরায় পানবগী অশোক-অপন থোকহল্লুরবদি হৈত্রিবা মীবু থৌহনবগী দমক মপু অদুবু নিংথৌনা পণ ২০০ রাকোংহনগনি ॥ ২৯৩ ॥

শাথৌবা অতুনা গাড়ী, দোলাই থৌবা নিংথিনদি হৈরগা চেকশিন্দবগীদমক্তি মাগী দণ্ড ওইগনি ; অতুগা শাথৌবা অতুনা ইহৈমক হৈত্রিবা ওইরবদি তোংলিবা মী খুদিংমক্না পণ ১০০। ১০০ রাকোংগদবনি ॥ ২৯৪ ॥

লম্বীদা অতোপ্পা রথনচিংবা নত্রগা শা-ষণনা থত্নুনা লৈরব-মক্তদস্তু শাথৌবা মী অতুনা দোলাইনচিংবা অতুম্মক থৌজিল্লক্লবদি অতুগা মতুদা করিগুম্বা থরায় পানবা হাংপা থোকত্রবদি বিচার ইতৌ তৌদনা নিংথৌনা মহাকপু মতিক চাবা দণ্ড পীগনি ॥ ২৯৫ ॥

অসুম তৌনা সারথিনা চেকশিন্দবদগী করিগুম্বা মীগী থন্নায় মাঙনবা থোকলরবদি নিংথৌনা খুদক্তা মহাক অদুবু চুরানবগা মান্নানা দণ্ড পীগনি অতুগা ষণ, শগোল, শামু, উটনচিংবা অচৌবা জীবশিংগী মথরায় মাঙবগীদমক্তি মতুগী দণ্ড তংখায় তৌগনি ॥ ২৯৬ ॥

গাড়ীনা অপীকপা শা অতে হাংলবদি পণ ২০০ জরি তৌগনি।

গর্দ্দভাজাবিকানান্তু দণ্ডঃ স্যাৎ পঞ্চমাষিকঃ।
মাষকস্তু ভবেদ্দণ্ডঃ শ্ব-শূকরনিপাতনে ॥ ২৯৮
ভার্য্যা পুত্রশ্চ দাসশ্চ শিষ্যো ভ্রাতা চ সোদরঃ।
প্রাপ্তা পরাধাস্তাড্যাঃ স্যু রজ্জ্বা বেণুদলেন বা ।।২৯৯
পৃষ্ঠতস্তু শরীরস্য নোত্তমাঙ্গে কথঞ্চন।
অতোঽন্যথা তু প্রহরন্ প্রাপ্তঃ স্যাচ্চৌরকিল্বিষম্ ॥ ৩০০
এষোঽখিলেনাভিহিতো দণ্ডপারুষ্যনির্ণয়ঃ।
স্তেনস্যাতঃ প্রবক্ষ্যামি বিধিং দণ্ডবিনির্ণয়ে ।। ৩০১
পরমং যত্নমাতিষ্ঠেৎ স্তেনানাং নিগ্রহে নৃপঃ।
স্তেনানাং নিগ্রহাদস্য যশো রাষ্ট্রঞ্চ বর্দ্ধতে ।। ৩০২

---

রুরু ( কৃষ্ণসার ) কৌবা শজিনচিংবা অমদি তেনরানচিংবা কান্ন-কান্নবা শা-উচেক হাৎলগনা পণ ৫০ জরি তৌগনি ॥ ২৯৭ ॥

গাধা, হামেঙ, য়াউনচিংবা শিরবদি লুপা-কোঞ্চাক মাষা ৫ কোংহনগনি অত্তুগা ওক, হুই মাঙ্‌হনবগীনা মাষা অমা জরি তৌগনি ॥ ২৯৮ ॥

মত্তু, মচা, মনাই অমদি পরুয়া ( শিষ্য ) অমসুং মনাউনিপা অতোপ্পা মখোয় অসিনা অরানবা তৌরবদি থৌরী অপীকপা মতৎনা নম্রগা রাশানা ফুত্তুনা লাকৃশিনগনি ( রারক্কনি ) ॥ ২৯৯ ॥

থৌরীনচিংবনা মনমগন্দা ফূগনি, মকোক্তদি কৈদৌঙৈদসু ফূরুফদে। হায়রিবসি নত্তুনা অতোপ্পা মফমদা ফূরুরবদি অফুবা মী অহু হুরানবগুম্না মরাল হক্কনি অমসুং দণ্ডি ফংগনি ॥ ৩০০ ॥

য়ৈন-শুনবগী দণ্ডিগী মরম মপূংফানা হায়রবসিনি, মথংদদি হুরানবগী দণ্ডবিধি হায়রক্কে ॥ ৩০১ ॥

হুরানববু লাকশিন্নবগী মরমদা মিংথৌনা থোইদোক্না চেক-শিনগদবনি। হুরানববু নিঙ্থিনা লাক্লবদি নিংথৌগী মিংচৎ চাউখৎলি, লৈবাক্কী চাওখৎপা ওই ॥ ৩০২ ॥

অভয়স্য হি যো দাতা স পূজ্যঃ সততং নৃপঃ।
সত্রং হি বর্দ্ধতে তস্য সদৈবাভয়দক্ষিণম্ ॥ ৩০৩
সর্ব্বতো ধর্ম্মষড়্ভাগো রাজ্ঞো ভবতি রক্ষতঃ।
অধর্ম্মাদপি ষড়্ভাগো ভবত্যস্য হ্যরক্ষতঃ ॥ ৩০৪
যদধীতে যদ্‌যজতে যদ্দদাতি যদর্চ্চতি।
তস্য ষড়্ভাগভাগ্রাজা সম্যগ্‌ভবতি রক্ষণাৎ। ৩০৫
রক্ষন্ ধর্ম্মেণ ভূতানি রাজা বধ্যাংশ্চ ঘাতয়ন্।
যজতেহহরহর্যজ্ঞৈঃ সহস্রশতদক্ষিণৈঃ ॥ ৩০৬

---

চুরান চীঙ্খী তৌবশিংবু লাকশিন্দুনা সাধুজনশিংগী অকি-অথং কোকহনবীবা নিংথৌ অদুদি মী পূন্নমকী পূজা তৌনফম ওই অদুগা মতুনা মরম ওইতুনা মাগী সত্র-যাগ (দক্ষিণাদি য়াওদনা পীজ-পীথক তৌতুনা মহে খানবগী থবক) তা চাওথংপা: ওই হায়বদি অদুগুম্বা যাগ অদুগী মহে অদু মানা ফংই ॥ ৩০৩ ॥

নিঙ্থিনা প্রজাবু য়োকপি-কনবীবা তৌবা নিংথৌ অদুদি প্রজাশিংনা তৌজবা ধর্ম্ম কর্ম্মগী শরুক তরুক থোকপগী ফল শরুক অমা ফংই, অদুগা প্রজাবু য়োকপি-থাকপিদবা নিংথৌনা প্রজা পূন্নমক্না তৌবা পাপকী শরুক তরুককী অমা ফংই ॥ ৩০৪ ॥

প্রজাশিংনা বেদ তম্বা, দান তৌবা অমদি পূজানচিংবা ধর্ম্মগী থবক তৌনবা ঙম্লিবা পূন্নমক অদু নিংথৌনা মখোয়বু ঙাকপি-কনবীবতনা মতু পূন্নমক তৌবা ঙমহনবা ওইবনা পূণ্য পূন্নমক অদুগী শরুক ৬কী শরুক অমা নিংথৌনা ফংবনি ॥ ৩০৫ ॥

ধর্ম্ম কায়দনা প্রজা য়োকপা অদুগা হাৎফম থোকপবুনা হাৎতোক্নুনা শাস্তি ওইহনবীবগীদমক নিংথৌনা অতৎপা লৈতনা মগবু দক্ষিণা ওইনা তৌনবা যজ্ঞগী মখল অদু তৌবগী ফল ফংই ॥ ৩০৬ ॥

যোঽরক্ষন্ বলিমাদত্তে করং শুল্কঞ্চ পার্থিবঃ।
প্রতিভাগঞ্চ দণ্ডঞ্চ স সদ্যো নরকং ব্রজেৎ॥ ৩০৭

অরক্ষিতারং রাজানাং বলিষড়্ভাগহারিণম্।
তমাহুঃ সর্ব্বলোকস্য সমগ্রমলহারকম্॥ ৩০৮

অনপেক্ষিতমর্য্যাদং নাস্তিকং বিপ্রলুম্পকম্।
অরক্ষিতারমত্তারং নৃপং বিদ্যাদধোগতিম্॥ ৩০৯

অধার্ম্মিকং ত্রিভির্ণ্যায়ৈর্নিগৃহ্ণীয়াৎ প্রযত্নতঃ।
নিরোধনেন বন্ধেন বিবিধেন বধেন চ॥ ৩১০

নিগ্রহেণ হি পাপানাং সাধুনাং সংগ্রহেণ চ।
দ্বিজাতয় ইবেজ্যাভিঃ পূয়ন্তে সততং নৃপাঃ॥ ৩১১

---

প্রজাবু য়োকপি-ঙাকপীবদি তৌদবা অহুগা মখোয়গী মফম-দগী ফোনচিংবা অথোকপা মবোংগী শরুক ৬ তি অহুম্মক খোম-গৎপা অহুগা খাজনা, মাশুল, খূদোন-পোৎ অমদি জরিনচিংবা লৌখৎপদি তোক্তবা অহুগুম্বা নিংথৌ অহুদি হেক শিবগা হান্না নরক য়ৌই॥ ৩০৭॥

অসুন্না প্রজাবু কনবী-ঙাকপিদবা, ফোনচিংবা মরোংগী শরুক ৬তি অহুম্মক লৌবা অহুগুম্বা নিংথৌ অদুবু পণ্ডিতশিংনা লোক পুম্নমক্কী পাপনা হারবা নিংথৌনি হায়না শীংথানৈ॥ ৩০৮॥

মতম পুম্নমক্তা শাস্ত্রবু থৌওইদবা, ঈশ্বর থাজদবা, হৌনদবা দণ্ডনচিংবা পীশিন্দুনা শেল খোমগৎপা অহুগা প্রজাবুসু য়োকপি-দবা—অসিগুম্বা চবান চাবা নিংথৌদি শোয়দনা লৈখা তাই শিরগনা নরক তাই হায়বসি খঙ্‌গদবনি॥ ৩০৯॥

মীগী মপোৎ হুরানবনচিংবা ধর্ম্ম লৈতবা মীশিংবু নিংথৌনা য়াম্না চেকশিন্না কৈশুমশঙ্‌গী অরাবা পীতুনা, য়োহ্লীং-ফলাং চন্দুনা অমদি মখোঙ্‌-মখুৎনচিংবা ককথত্তুনা মখল-মথা অয়াম্বা অরাবা পীবনচিংবা—চৈরাক মখল অহুম অসি পীগদবনি॥ ৩১০॥

দ্বিজাতিশিংনা যজ্ঞনচিংবা তৌত্না মথা শেংদোকপগুম

ক্ষন্তব্যং প্রভুণা নিত্যং ক্ষিপতাং কার্য্যিণাং নৃণাম্।
বালবৃদ্ধাতুরাণাঞ্চ কুর্ব্বতা হিতমাত্মনঃ॥ ৩১২

যঃ ক্ষিপ্তো মর্ষয়ত্যার্ত্তৈস্তেন স্বর্গে মহীয়তে।
যস্ত্বৈশ্বর্য্যান্ন ক্ষমতে নরকং তেন গচ্ছতি॥ ৩১৩

রাজা স্তেনেন গন্তব্যো মুক্তকেশেন ধাবতা।
আচক্ষাণেন তৎ স্তেয়মেবং কর্ম্মাস্মি শাধি মাম্॥ ৩১৪

স্কন্ধেনাদায় মুষলং লগুড়ং বাপি খাদিরম্।
শক্তিঞ্চোভয়তস্তীক্ষ্ণামায়সং দণ্ডমেব বা॥ ৩১৫

শাসনাদ্বা বিমোক্ষাদ্বা স্তেনঃ স্তেয়াদ্বিমুচ্যতে।
অশাসিত্বা তু তং রাজা স্তেনস্যাপ্নোতি কিল্বিষম॥ ৩১৬

---

নিংথৌস্তু পাপ চেনবশিংবু লাকশিন্দুনা সাধু ওইবা মীশিংবু য়োক-পিরগা অতৎপা লৈতনা শেংবা হায়বত্থু ওই॥ ৩১১॥

মশাগী কান্নবা থনবা (য়াইফনিঙ্বা) নিংথৌ অত্থুদি ব্রাথোক-লাম্থোকপা মী—বাদী বিবাদীনচিংবনা মনিঙ্ থুংদত্থুনা মথব্রায়দা ব্রারৌখিবা অত্থুগা অহল, অঙাং অমদি অশোল-অনানচিংবনা মনিঙ্ থুংদবদগী শাউখিবা পূন্নমক অত্থুগী দোষ লৌরোইদবনি হায়বদি ঙাকপিগদবনি॥ ৩১২॥

অরা-অনা তারবা মীগী অশাউবা ব্রাহৈ পূন্নমক ঈরায় লায়না খাঙ্বা ঙম্বা নিংথৌ অত্থুদি স্বর্গ ফাওবদসু ইড়াংনৈ; অত্থুগা অচাউরম কাত্থুনা অরা-অনাগী মীচৈবু ঙাকপিবা ঙমদবা নিংথৌ অত্থুদি মানা তৌবা অধর্ম্ম অত্থুগী মহৈনা নরক-তা চংলি॥ ৩১৩॥

সনা হুরানবা মীনা মশম-মনা থাদোক্তুনা গদা, কবো খজিনা শাবা থেঙ্গু, তাবাক নত্রগা য়োংকি চৈগুবু মরেংবান্দা থোংত্থুনা 'ঐ অত্থুগুম্বা অমা তৌরুরে, ঐবু মসিনা য়ৈবীয়ু' অসিনচিংবা হায়-ত্থুনা মানা হুরাল্লুবগী মরাল অত্থু ফোংদোক ফোংদোক্না নিংথৌগী মনাক তাম্না চৎকদবনি॥ ৩১৪—৩১৫॥

মহাক অদুবু নিংথৌনা পদানচিংবনা ফু-গনি, মহুদা মহাক্না

অন্নাদে ভ্রূণহা মার্ষ্টি পত্যৌ ভার্য্যাপচারিণী।
গুরৌ শিষ্যশ্চ যাজ্যশ্চ স্তেনো রাজনি কিল্বিষম্ ॥ ৩১৭
রাজভিঃ কৃতদণ্ডাস্তু কৃত্বা পাপানি মানবাঃ।
নির্ম্মলাঃ স্বর্গমায়ান্তি সন্তঃ সুকৃতিনো যথা ॥ ৩১৮
যস্তু রজ্জুং ঘটং কূপাদ্ধরেদ্ভিন্দ্যাচ্চ যঃ প্রপাম্।
স দণ্ডং প্রাপ্নুয়ান্মাষং তচ্চ তস্মিন্ সমাহরেৎ ॥ ৩১৯
ধান্যং দশভ্যঃ কুম্ভেভ্যো হরতোঽভ্যধিকং বধঃ।
শেষেঽপ্যেকাদশগুণং দাপ্যস্তস্য চ তদ্ধনম্ ॥ ৩২০

---

শিশ্রবসু নত্রগা শিরুম-নারুম তৌহুনা হিংলবসু সনা হূরানবগী পাপ অহুদি কোকথি ; অতগা নিংথৌনা হূরানবা অদুবু অসুম্না লাক্লবদি মশামক্না হূরানবগী পাপ অহু ফংহৌই ॥ ৩১৬ ॥

ব্রাহ্মণ হাৎপা নত্রগা অঙাং য়ৈথবা মীগী চাক চাবা মী অহুদি পাপ অহুনা মঙোন্দা চোংশিল্লি ; লমচৎ নাইদবী নূপীগী পাপনা মপুরোয়বদা চঙ্ই ; অসুম তৌহুনা শিষ্যগী অমদি যজমানগী পাপনা গুরুদা চঙ্ই অহুগা হূরানবগী পাপনা নিংথৌদা চঙ্ই ॥ ৩১৭ ॥

পাপ তৌবা মীবু নিংথৌনা লাক্লহনা দণ্ড তৌরবদি পাপ কোক্ত্না পুণ্য চেনবা মীগুম্না স্বর্গ ফংই ॥ ৩১৮ ॥

ঈশিং চিংথৎনবগীদমক কুহা মনাক্তা থম্বা থৌরী নত্রগা ঈশিংগী পাত্র অহু হূবা নত্রগা থুগায়বা তৌরুরবদি নিংথৌনা মহাকপু সনা মাষা অমা রাকোংহনগনি অহুগা পোৎশিং অদুসু হনহনগনি নত্রগা শিংহনগনি ॥ ৩১৯ ॥

পল ২০০ না দ্রোণ অমা, দ্রোণ ২০ না কুম্ভ অমনি। অসিগুম্বা কুম্ভ ১০ দগীসু হেনবা ফৌ-হূবা মী অহুদি ককথৎপা য়াবা মশাগী শরাকমখৈ ককথৎকনি নত্রগা মথরায় হাৎকনি অহুগা লৌপু অহুদনা ফৌ কহনবীথিগনি। ( কুম্ভ ১—সের ৬৪ ) ॥ ৩২০ ॥

তথা ধরিমমেয়ানাং শতাদভ্যধিকে বধঃ।
সুবর্ণরজতাদীনামুত্তমানাঞ্চ বাসসাম্॥ ৩২১
পঞ্চাশতস্ত্বভ্যধিকে হস্তচ্ছেদনমিষ্যতে।
শেষেম্বেকাদশগুণং মূল্যাদ্দণ্ডং প্রকল্পয়েৎ॥ ৩২২
পুরুষাণাং কুলীনানাং নারীণাঞ্চ বিশেষতঃ।
মুখ্যানাঞ্চৈব রত্নানাং হরণে বধমর্হতি॥ ৩২৩
মহাপশূনাং হরণে শস্ত্রাণামৌষধস্য চ।
কালমাসাদ্য কার্য্যঞ্চ দণ্ডং রাজা প্রকল্পয়েৎ॥ ৩২৪
গোষু ব্রাহ্মণ সংস্থাসু খুরিকায়াশ্চ ভেদনে।
পশূনাং হরণে চৈব সদ্যঃ কার্য্যোঽর্দ্ধপাদিকঃ॥ ৩২৫

---

থপ ওনবা য়াম্নবা সনা, লুপানচিংবা অমদি সনা পল ১০০ দগী হেন্না মমল য়াম্নবা অহুগুম্বা অফবা ফিরোল হূরাল্লুরবসু মথকী অসুম্না হাংকনি ॥ ৩২১ ॥

পল ৫০ দগী হেন্দুনা ১০০ ফাওবগী মমল ওইগদবা অহুগুম্বা পোৎ পূম্নমক হূরানবগীনা হূরুবা পোৎ অহুগী মমলগী শরুক ১১ হেন্না রাকোংহনগনি ॥ ৩২২ ॥ ( পল ১=তোলা ৪ )

অচৌবা শাগৈদা পোকপা নিপাগী, থোইদোক্লদি খ্বায়দগী হেন্না চাউবা শাগৈদা পোকপী নুপীগী হীরানচিংবা অথোই অথোইবা মণি-মুক্তাগুম্বা পোৎ হূবগীসু মী অদুবু হাংপগী দণ্ডি তৌগনি॥৩২৩॥

শগোল-শামুনচিংবা অথোইবা শা হূবা, থাঙ শাংনচিংবা খুৎলাই অমদি হিদাক-লাংথক হূবা, অসিনচিংবা মরাৎলগীদি নিং-থৌনা তৌরু-তৌরুবা থবককী অমদি মতমগী মরম খন্দুনা মত্তিক চাবা দণ্ডি তৌগনি ॥ ৩২৪ ॥

ব্রাহ্মণগী ষণ হূরগা তোংননবগীদমক মনাতোন হত্তোক্লম্নবদি মক্রগা খজ্জগী শা হূরাল্লম্নবদি হূরানবা অহুক্কী মথোঙ, নাম্না কক্-থৎকনি ॥ ৩২৫ ॥

সূত্রকার্পাসকিণ্বানাং গোময়স্য গুড়স্য চ।
দধ্নঃ ক্ষীরস্য তক্রস্য পানীয়স্য তৃণস্য চ॥ ৩২৬
বেণুবৈদল ভাণ্ডানাং লবণানাং তথৈব চ।
মৃন্ময়ানাঞ্চ হরণে মৃদো ভস্মন এব চ॥ ৩২৭
মৎস্যানাং পক্ষিণাঞ্চৈব তৈলস্য চ ঘৃতস্য চ।
মাংসস্য মধুনশ্চৈব যচ্চান্যৎ পশুসম্ভবম্॥ ৩২৮
অন্যেষাঞ্চৈবমাদীনাং মদ্যানামোদনস্য চ।
পক্বান্নানাঞ্চ সর্ব্বেষাং তন্মূল্যাদ্দ্বিগুণো দমঃ॥ ৩২৯
পুষ্পেষু হরিতে ধান্যে গুল্ম-বল্লী-নগেষু চ।
অন্যেষ্বপরিপুতেষু দণ্ডঃ স্যাৎ পঞ্চকৃষ্ণলঃ॥ ৩৩০

---

শামতু-লং, লশিং, ময়াইকাবা পোৎকী মরা, যম্বী, চুহা, শংগোম অফম্বা, অনৌবা, দহি, থরুনবা পোৎ অতৈ অমসুং নাপী অসিনচিংবা হুরানবগীদি পোৎ অত্থুগী মমলগী শরুক অনি জরি তৌগনি॥ ৩২৬॥

রা, রানা শাবা ঈশিং হাপ্পবা পাত্র ( উনিং ), থুম, লৈপাক্লা শাবা চকূ-উয়ান্নচিংবা পোৎ, লৈপাক অমদি উৎ অসিনচিংবা হুবগীসু পোৎকী মমলগী শরুক অনি জরি তৌগনি॥ ৩২৭॥

ঙা, উচেক, ঘি, থাউ, অশেম্বা-শা, খোইহী, শঙন, শা মচি, গজ ( অশাংবা খঙ্নবা নাপ-চৈ ), চৈগুনচিংবা অমদি শা-দগী থোকপা পোৎ হুরাল্লবদি পোৎকী মমলগী শরুক অনি জরি তৌগনি॥ ৩২৮॥

মতৌ অসুম তৌনা অতোপ অতোপ্পা মমল য়ামদবা পোৎ-চৈ, যু-ঙী মথল ময়াম, চেঙ অমসুং চাক—মখোয় অসি হুরবদি হুরানবা অদুবু পোৎ মমলগী শরুক অনি কোংহনগনি॥ ৩২৯॥

লৈ ( মপাল ), লৌবুক্তা হৌরিবা ফৌ, লী-গুম্বা মরী চৎপা পাম্বী, উপাম্বী, উরী অমদি অতোপ অতোপ্পা মপাল শাৎত্রিবা, মহৈ রাক্লিবা মরোং-পাম্বীনচিংবা হুরবদি সনা চংনিং মঙা নত্রগা

পরিপূতেষু ধান্যেষু শাক-মূল ফলেষু চ।
নিরন্বয়ে শতং দণ্ডঃ সান্বয়েঽর্দ্ধশতং দমঃ॥ ৩৩১
স্যাৎ সাহসন্ত্বন্বয়বৎ প্রসভং কর্ম যৎকৃতম্।
নিরন্বয়ং ভবেৎ স্তেয়ং হৃত্বাপহ্নূয়তে-চ যৎ॥ ৩৩২
যস্ত্বেতান্যুপক্লৃপ্তানি দ্রব্যাণি স্তেনয়েন্নরঃ।
তমাদ্যং দণ্ডয়েদ্রাজা যশ্চাগ্নিং চোরয়েদ্গৃহাৎ॥ ৩৩৩
যেন যেন যথাঙ্গেন স্তেনো নৃষু বিচেষ্টতে।
তত্তদেব হরেৎ তস্য প্রত্যাদেশায় পার্থিবঃ॥ ৩৩৪

---

পোং খেন্নবা মতুংইন্না লুপা ( কোঞ্চাক ) রত্তি মণ্ডা জরি তৌগনি ॥ ৩৩০ ॥

মন্না চঙ্‌লবা ফৌ অমদি উহৈ-রাহৈ—লৈনুংগী পোং অমদি ইনশাং-নাপীনচিংবা হূরাল্লবদি অদুগা হূরানবা অদুনা মপুগা মরী থোক্লবা মী ওইরন্নবদি মহাকপু পণ ৫০ জরি তৌগনি, মরী-মতা নত্রগনা পণ ১০০ রাকোংহনগনি ॥ ৩৩১ ॥

মপুগী মমাঙ্‌মক্তদা নমদুনা মাগী মপোং লৌবা অদুবু সাহস ( তৌবণ্ডবা ) হায়না কৌই। মপু থঙ্‌দনা লোন্না লৌবনা "হূরানবা" অদুগা মপুগী মমাঙ্‌মক্তদগী লৌরগা হিংচেন চেন্দুনা লৌদে হায়বা অদুবুনা "মীরৈহৎ-হূরানবা" হায়না কৌই ॥ ৩৩২ ॥

মথক্তা হায়প্রবা লং-নচিংবা পোং অদু মপুনা মরম্মাই শীজিন্নজনবা শেম-শাদুনা থমজবা ওইরবদি মদু হূবা মী অদুদা "প্রথম সাহস" কী দণ্ড পীগনি অদুগা মৈ মূত্তনা হোদুনা পূজা কৎপা ( সাগ্নিক ) মীগী মযুমদগী মৈ হূরাল্লবস্‌ু নিংথৌনা মহাকপু 'প্রথম সাহস' দণ্ড পীগনি ॥ ৩৩৩ ॥

হূরানবনা পোং হূবা মতমদা শীজিন্নথিবা হকচাংগা ইস্ক্রিনচিংবদু থঙ্‌লগা মতুংদা অমুক তৌরুদনবা পোং হুরুবা মখোঙ্‌ মখুৎনচিংবদু ককথৎকনি ॥ ৩৩৪ ॥

পিতাচার্য্যঃ সুহৃন্মাতা ভার্য্যা পুত্রঃ পুরোহিতঃ।
নাদণ্ড্যো নাম রাজ্ঞোঽস্তি যঃ স্বধর্ম্মে ন তিষ্ঠতি॥ ৩৩৫
কার্ষাপণং ভবেদ্দণ্ড্যো যত্রান্যঃ প্রাকৃতো জনঃ।
তত্র রাজা ভবেদ্দণ্ড্যঃ সহস্রমিতি ধারণা॥ ৩৩৬
অষ্টাপাদ্যন্তু শূদ্রস্য স্তেয়ে ভবতি কিল্বিষম্।
ষোড়শৈব তু বৈশ্যস্য দ্বাত্রিংশৎ ক্ষত্রিয়স্য চ॥ ৩৩৭
ব্রাহ্মণস্য চতুঃষষ্টিঃ পূর্ণং বাপি শতং ভবেৎ।
দ্বিগুণা বা চতুঃষষ্টিস্তদ্দোষগুণবিদ্ধি সঃ॥ ৩৩৮

---

অপোকপা মপা, আচার্য্য (বেদ তম্বীবা গুরু), মরূপ-মপিজা, মমা, মতৃ, মচা, পুরোহিত—মখোয় অসিস্থ মাগী মাগী তৌফম থোকপা ধর্ম্ম অত্থ তৌত্রবদি ( য়োকপা থাকপনচিংবা ), মখোয়বুস্থ দণ্ডি তৌবদা নিংথৌনা খক নিঙ হন্নরোইদবনি ॥ ৩৩৫ ॥

অচম্বা মীনা তৌবা মরালদা পণ অমা জরি তৌবা মফমদা নিংথৌ মশামক্না মতুগুম্বা দোষ তৌবা থোক্লবদি পণ ১,০০০ রাকোং-গনি—ধর্ম্মগী ব্যবস্থা হায়বদি মসিনি খঙগনি। অসিগুম্বা নিংথৌগী রাকোং-শেল অসিদি ঈশিংদা থাদখিগনি নত্রগা ব্রাহ্মণদা পীগনি ॥ ৩৩৬ ॥

হুরানবগী অফ ফত্ত খঙলবা শূদ্রনা হুরাল্লবদি পোৎ অত্থ হুরানবগী শাস্ত্রনা তাকপা দণ্ড অতুদগী শরূক ৮ হেন্না দণ্ড পীগনি, বেশ্যনা হুরগনা শরূক ১৬ হেন্না অতুগা ক্ষেত্রি ওইরগনা শরূক ৩২ হেন্না দণ্ড পীগনি ॥ ৩৩৭ ॥

দোষ-গুণ ( অরাল-অচুম ) মুন্না খঙলবা ব্রাহ্মণনা করিগুম্বা হুরাল্লবদি মতুগী মশানা তাবা দণ্ড অতুগী শরূক ৬৪ হেন্না দণ্ড পীগনি অমুগা মগুণ চেন্নবা ব্রাহ্মণনা হুরাল্লগনা শরূক ১০০ অতুগা রান্না গুণ চেনবা মীথোই-মীহেনবা ব্রাহ্মণ ওইরগনা শরূক ১২৮ হেন্না দণ্ড পীগনি ॥ ৩৩৮ ॥

বানস্পত্যং মূলফলং দার্ব্বগ্ন্যর্থং তথৈব চ।
তৃণঞ্চ গোভ্যো গ্রাসার্থমস্তেয়ং মনুরব্রবীৎ ॥ ৩৩৯
যোহদত্তাদায়িনো হস্তাল্লিপ্সেত ব্রাহ্মণো ধনম্।
যাজনাধ্যাপনেনাপি যথা স্তেনস্তথৈব সঃ ॥ ৩৪০
দ্বিজোহধ্বগঃ ক্ষীণবৃত্তির্দ্বাবিক্ষূ দ্বে চ মূলকে।
আদদানঃ পরক্ষেত্রান্ন দণ্ডং দাতুমর্হতি ॥ ৩৪১
অসন্ধিতানাং সন্ধাতা সন্ধিতানাঞ্চ মোক্ষকঃ।
দাসাশ্বরথহর্ত্তা চ প্রাপ্তঃ স্যাচ্চৌরকিল্বিষম্ ॥ ৩৪২
অনেন বিধিনা রাজা কুর্ব্বাণঃ স্তেননিগ্রহম্।
যশোহস্মিন্ প্রাপ্নুয়াল্লোকে প্রেত্য চানুত্তমং সুখম্ ॥৩৪৩

---

শম্বন্না কোরশিন্দবা অহাঙ্‌বদা হৌবা অচৌবদা উপালগী উহৈ, যজ্ঞগী শীং, ষণ শীজনবা শজীক মখোয় অসিদি মপু তাক্তনা লৌরুবসু মহুদি হূরানবা কৌদে হায়না মহুনা হায়রম্মী ॥ ৩৩৯ ॥

মীনা শীরকপা নত্তনা তাং-পাং তৌহ্না লৌরকপা অহুগুম্বা হূরানবা মী অহুগী মথূত্তগী অতোপ্পগী মরলনি থঙ্‌না থঙ্‌না ব্রাহ্মণনা, পূজা-লাংজা তৌবীবা অমদি বেদ তম্বীবগী দক্ষিণাগী মশক ওইনা শেল লৌগে হায়না তৌরুরবদি মহাকসু হূরানবা অহুম শকলে হায়বদি হূরানবগুম্না ব্রাহ্মণ অহুসু মরাল ফংকম থোকই ॥ ৩৪০ ॥

চান-থকুবা করি অমত্তা য়াওদবদগী অরাম-থৌরাংবনা রারবা কনাগুম্বা দ্বিজাতিনা লৌ-ইংখোলগী মপু থঙ্‌দনা চু পাম্বী ১। ২ অহুগা আলু-মংগ্রানচিংবা লৈহুংগী পোং ১। ২ লৌহ্না চারুবগী দমক্তি মহাকপু হূরানবনি হায়রোই ॥ ৩৪১ ॥

অতোপ্পগী শা-ষণ ফারুবা পুল্লুবা নত্রগা মীগী শা-ষণবু পুল্লবদগী থাদোক্লুবা অহুগা মীনাই-মীশল, শগোল, রথনচিংবা হূরাল্লুবা —মখোয় অদুবু নিংথৌনা হূরানবগুম্না দণ্ড শীগনি ॥ ৩৪২ ॥

অসিগুম্বা নিয়ম অসিগী মতুং ইন্না হূরানবশিংবু চৈরাক

ইন্দ্রং স্থানমভিপ্রেপ্সুর্যশশ্চাক্ষয়মব্যয়ম্।
নোপেক্ষেত ক্ষণমপি রাজা সাহসিকং নরম্ ॥ ৩৪৪
বাগ্দুষ্টাৎ তস্করাচ্চৈব দণ্ডেনৈব চ হিংসতঃ।
সাহসস্য নরঃ কর্ত্তা বিজ্ঞেয়ঃ পাপকৃত্তমঃ ॥ ৩৪৫
সাহসে বর্ত্তমানন্তু যো মর্ষয়তি পার্থিবঃ।
স বিনাশং ব্রজত্যাশু বিদ্বেষঞ্চাধিগচ্ছতি। ৩৪৬
ন মিত্রকারণাদ্রাজা বিপুলাদ্বা ধনাগমাৎ।
সমুৎসৃজেৎ সাহসিকান্ সর্ব্বভূতভয়াবহান্ ॥ ৩৪৭
শস্ত্রং দ্বিজাতিভির্গ্রাহ্যং ধর্ম্মো যত্রোপরুধ্যতে।
দ্বিজাতীনাঞ্চ বর্ণানাং বিপ্লবে কালকারিতে ॥ ৩৪৮

---

পীবা নিংথৌ অহুদি মীরমলেন অসিদা নিঙ্থিবা মিংচৎ কংই অহুগা শিরগনা থ্ৱায়দগী হেনবা হুংঙাইবনা মাগী ওইরুই ॥ ৩৪৩ ॥

ইন্দ্রগী থুবম তান্নিঙ্বা, অমাঙ্-অতা লৈতবা মিংচৎ পাম্বা অহুগুম্বা নিংথৌদি মীগী ময়ুম মৈ থাবা অমদি মীগী মরল হূবা মীশিংবু মিংকূপ অমগী মতম ফাওবা লৎনহুনা থম্নোইদবনি ॥৩৪৪॥

মীচৈ থীবা, ফূগন-খোৎকনবা অমদি ডাকুনচিংবদগীদি মীগী ময়ুম মৈ থাবনচিংবা তৌবা মীনা য়াম্না হেন্না পাপী ওই হায়বসি খঙ্গদবনি ॥ ৩৪৫ ॥

অসিগুম্বা মীবু দণ্ডি পীদনা থাদোক্লবদি নিংথৌ অহু থুনমক মাঙ্-তাক্লকই অমসুং মী পুম্নমক্কী তাথীনফম ওইরকই ॥ ৩৪৬ ॥

মরূপ ওইনা তিম্নহুনসু নত্রগা শেল য়াম্না ফংগনি হায়হুনসু থরায় পানবা পুম্নমক্কী কিনফম ওইরবা মুম-মৈ থাবনচিংবা তৌবা গুম্বা মীতাশিং অদুবুদি নিংথৌনা থক থৌশাদনা লৈথোকলোই-দবনি ॥ ৩৪৭ ॥

অসিগুম্বা তৌঙমদবা লৈতবা ( সাহসিক ) কত্তবা মীশিংনা যজ্ঞনচিংবা থুগায়গে হোৎনরক্লবদি, অহুম্বা মতমগী মতুংইন্না বর্ণ-বিপ্লব ( বর্ণগী য়াথোক ) থোক্লকবদি ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি অমসুং বৈশ্য

আত্মনশ্চ পরিত্রাণে দক্ষিণানাঞ্চ সঙ্গরে।
স্ত্রীবিপ্রাভ্যুপপত্তৌ চ ধর্ম্মেণ ঘ্নন্ ন দুষ্যতি ॥ ৩৪৯
গুরুং বা বালবৃদ্ধৌ বা ব্রাহ্মণং বা বহুশ্রুতম্।
আততায়িনমায়ান্তং হন্যাদেবাবিচারয়ন্ ॥ ৩৫০
নাততায়িবধে দোষো হন্তুর্ভবতি কশ্চন।
প্রকাশং বা প্রকাশং বা মন্যুস্তম্মন্যুমৃচ্ছতি ॥ ৩৫১
পরদারাভিমর্ষেষু প্রবৃত্তান্ নৄন্ মহীপতিঃ।
উদ্বেজনকরৈর্দণ্ডৈশ্চিহ্নয়িত্বা প্রবাসয়েৎ ॥ ৩৫২
তৎ সমুত্থো হি লোকস্য জায়তে বর্ণসঙ্করঃ।
যেন মূলহরোঽধর্ম্মঃ সর্ব্বনাশায় কল্পতে ॥ ৩৫৩

---

—বর্ণ অহুম অসিগী মী পুন্নমক্লা ফত্তবশিংবু লাকশিন্নবগীদমক খুৎলু খুৎলাই পায়বা য়াই ॥ ৩৭৮ ॥

ইশা কন্নবা হোৎনবদা, অচুম্বা লানকম্দা, নুপী অমদি ব্রাহ্মণবু কন্নবা হোৎনবদা, যজ্ঞগী দক্ষিণানচিংবা ( মণনচিংবা ) গী উপদ্রব থিংননবদা অসিগুম্বা ধর্ম্মবু ঙাক্লনবগী মরমদদি মীনা হিংসাগী থবক তৌরবসু অরানবা ওইদে ॥ ৩৪৯ ॥

গুরু, অঙাং, অহল অমদি বেদ হৈবা ব্রাহ্মণ—মখোয় অসিনা মরক্তা অমবু হাৎকে লাক্লবদি অচুগা মশা ঙাকথোকচনবা মখোয়গী করিগুম্বা উপায়সু লৈত্রবদি করিগুম্বা অমত্তা খন্থবা তৌদনা মখোয় অদুবু হাত্তোক্কদবনি ॥ ৩৫০ ॥

লোয়্না অমদি ফোংনা ঐবু হাৎকে থৌরাংলম্বা আততায়ী ওইবা মী অদুবু হাৎপদা অহাৎপা মীগী করিসু পাপ চেন্দে—অশাউবনা অশাউবদা অতম্মক তিনখি ॥ ৩৫১ ॥

মীগী নুপী হুল্লানগে হোৎনবা মীশিংবু নিংথৌনা মনা-মনাতোন ককথৎপনচিংবা তৌদুনা মরৈবাক্তগী তান্থোকখিগনি ॥ ৩৫২ ॥

মীগী নুপীদা হুল্লাম্বুরগী বর্ণসঙ্কর ( ঈ-শেংদবা ) পোক্লকই

পরস্য পত্ন্যা পুরুষঃ সম্ভাষাং যোজয়ন্ রহঃ।
পূর্ব্বমাক্ষারিতো দোষৈঃ প্রাপ্নুয়াৎ পূর্ব্বসাহসম্॥ ৩৫৪
যস্ত্বনাক্ষারিতঃ পূর্ব্বমভিভাষেত কারণাৎ।
ন দোষং প্রাপ্নুয়াৎ কিঞ্চিন্নহি তস্য ব্যতিক্রমঃ॥ ৩৫৫
পরস্ত্রিয়ং যোঽভিবদেৎ তীর্থেঽরণ্যে বনেঽপি বা।
নদীনাং বাপি সম্ভেদে স সংগ্রহণমাপ্নুয়াৎ॥ ৩৫৬
উপচারক্রিয়া কেলিঃ স্পর্শো ভূষণবাসসাম্।
সহ খট্বাসনঞ্চৈব সর্ব্বং সংগ্রহণং স্মৃতম্॥ ৩৫৭

---

অমস্নুং মহুদগী অধর্ম্ম পোক্লকই অহুগা অধর্ম্ম লাকপদগীদি সর্ব্বনাশ (শুম্থাঙ্ মাঙ্বা) হায়বত্ ওইরক্কই ॥ ৩৫৩ ॥

হান্নদগী হৌনা মীগী নুপী কোয়গনবা মীনি হায়না খঙ্নরবা অহুগুম্বা নিপা অহুনা অচীকপদা কনাগুম্বী মরা লৈবী নুপী অমগা রা-লান ঙাঙ্নরম্নবদি, মহাকপু উত্তম সাহস (অহকপা) দণ্ডি পীগনি ॥ ৩৫৪ ॥

দোষ অমত্তা লৈতবা মী অমনি হায়না খ্বায়না হান্নদগী অহুম্মক খঙ্নরকপা মীশক অমনা করিগুম্বা মরম অমগীদমক অচীকপদা মীগী নুপীগা রারী শানরম্বা থোক্লবদি মহাক অহুগী চৈরাক ফংকম লৈতে—মরমদি মানা ধর্ম্ম কায়বা তৌরম্বা লৈতে ॥ ৩৫৫ ॥

তীর্থদা (লাইফমদা) অশূকপা লমলক্তা, অচীকপা বনদা নম্রগা তুরেন ঈরোঙ্দা অতোপ্পগী নুপীগা রারী রাতাই শানহনা লৈরম্বা মী অহুদি নুপী হল্লানবগী মরাল ফংগনি ॥ ৩৫৬ ॥

লৈপরেং অমদি মনম মুংশিবা পোৎনচিংবা পীথিবা (খুদোন তৌবা), ফাগি তৌনবা অমদি কোম্ন-চুপ্নবা, ফিজেৎ-লৈতেং পায়বা, ফম্মুং অমত্তদা হিপমিন্নবা; পুম্না চামিন-থকমিন্নবা—মসি মীগী নুপীগা ওইরবদি নুপী হল্লানিমগী দোষ ফংগনি ॥ ৩৫৭ ॥

স্ত্রিয়ং স্পৃশেদদেশে যঃ স্পৃষ্টো বা মর্ষয়েত্তয়া।
পরস্পরস্যানুমতে সর্ব্বং সংগ্রহণং স্মৃতম্ ॥ ৩৫৮
অব্রাহ্মণঃ সংগ্রহণে প্রাণান্তং দণ্ডমর্হতি।
চতুর্ণামপি বর্ণানাং দারা রক্ষ্যতমাঃ সদা ॥ ৩৫৯
ভিক্ষুকা বন্দিনশ্চৈব দীক্ষিতাঃ কারবস্তথা।
সম্ভাষণং সহ স্ত্রীভিঃ কুর্য্যুরপ্রতিবারিতাঃ ॥ ৩৬০
ন সম্ভাষাং পরস্ত্রীভিঃ প্রতিষিদ্ধঃ সমাচরেৎ।
নিষিদ্ধো ভাষমাণস্তু সুবর্ণং দণ্ডমর্হতি ॥ ৩৬১
নৈষ চারণদারেষু বিধির্নাত্মোপজীবিষু।
সজ্জয়ন্তি হি তে নারীর্নিগূঢ়াশ্চারয়ন্তি চ ॥ ৩৬২

---

নূপীগী থবাক ঙানফম, নিঙ্জোন নত্রগা চনিঙ্, অসিনচিংবা মফম চাদবশিং অসিদা অতোপ্পা নিপানা শোকপা-পায়বা তৌরবদা নূপী অত্থনা শাউদ্রবদি মখোয় অনিমক য়ানরবনি হায়না লৌগনি ॥ ৩৫৮ ॥

কনাগুম্বা শূদ্রনিপানা মশানা য়াদবী ব্রাহ্মণ নূপী অমদা মথক্কী অসুম মথুৎ শাংলুববদি মাগী মথরায় লৌগনি; বর্ণ মরিমক্তা মাগী মাগী নূপীবু মতম পুম্নমক্তা ঙাক্কদবনি ॥ ৩৫৯ ॥

চাক্লিবা, বন্দী (স্তুতি পাঠক), পুরোহিত অমসুং পূজারীন-চিংবা—খুৎশা-হৈবগী থবক শূবা কাঙ্বু—মখোয় অসিদি মাগী মাগী থবক পাঙ্থোক্লবগী মরমদা (থোদাং তৌনবা) অতোপ্পগী নুপীগা রা-লান ঙাঙ্নজবদা দোষ লৈতে— য়ুম্বু নিপা অত্থনা মসিদা থিংবা তৌরোইদবনি ॥ ৩৬০ ॥

মপুরোয়বনা থিংলবদি মাগী নুপীগা রা ঙাঙ্নফরোই; থিংনা থিংনা রা ঙাঙ্লুরবদি মী অদু সনা মোহর অমা রাকোংহনবা মতিক চায় ॥ ৩৬১ ॥

মর্মা লৈবী নূপীগী মরমদা মথক্তা হায়রিবা পুম্নমক আগু ভূগোই শাবা মী, লীলা য়াওবা মী নত্রগা নূপী লত্তোনবা মীগী

কিঞ্চিদেব তু দাপ্যঃ স্যাৎ সম্ভাব্যং তাভিরাচরন্।
প্রেষ্যাসু চৈকভক্তাসু রহঃ প্রব্রজিতাসু চ॥ ৩৬৩
যোঽকামাং দূষয়েৎ কন্যাং স সদ্যো বধমর্হতি।
সকামাং দূষয়ংস্তুল্যো ন বধং প্রাপ্নুয়ান্নরঃ॥ ৩৬৪
কন্যাং ভজন্তীমুৎকৃষ্টং ন কিঞ্চিদপি দাপয়েৎ।
জঘন্যং সেবমানান্তু সংযতাং বাসয়েদ্গৃহে॥ ৩৬৫
উত্তমাং সেবমানস্তু জঘন্যো বধমর্হতি।
শুল্কং দদ্যাৎ সেবমানঃ সমামিচ্ছেৎ পিতা যদি।। ৩৬৬

---

নুপীশিংগী মরমদদি নত্তে, মরমদি ; মখোয়দি শেল পাম্বদগী মাগী মাগী নুপীমকপু অতোপ্পা নিপাদা হেক হেক শান্দোকই নত্রগা ময়ুমমক্ত-দস্থ অতোপ্পা নিপা কৌশিল্লগা হিপমিন-চামিন্নহনবদা হরাউ হরাউ অতুম্মক লৈথোকপা ঙম্মী ॥ ৩৬২ ॥

অতুমদি ওইরগা অসিগুম্বা মীওইশিংগী নুপী, মীনাইশুবী নত্রগা ব্রহ্মচারী ধর্ম্ম চৎশিন্নবী নুপী—মখোয় অসিগা লোম্না নত্তবা লমচৎ চৎলম্বা মীশিং অদুদি, হুল্লাল্লুবা মী অদুবু হাইফেৎনা দণ্ড পীফম থোকই ॥ ৩৬৩ ॥

মশানা য়াজদবী জাতিদি মাম্নবী নুপীদা নত্তবা মিৎয়েং য়েংল্লু-রবদি ( নম-হাবা থবক তৌরুরবদি ) নিংথৌনা খুদক্তা নিপা অদুগী অঙ্গীবম (লিঙ্গ) ককথৎপনচিংবা চৈনাখোল ফংহনগদবনি ; জাতি তিন্নবী মশানস্থু য়াজবী নুপীগা লৈপুন ওইনবগীদমক্তি দণ্ডি লৈতে ॥ ৩৬৪ ॥

জাৎ তোনবী নুপীনা অফবা জাতিগী নিপাগা লৈপুন ওই-নিঙ্ হুনা ঙাঙ্না শানবা তৌবগীদমক্তি নুপী অদুগী দণ্ডি করিস্থু লৈতে অদুগা মতোন্দগী হন্থবা নিপাগী সেবা তৌরুবা থোক্লবদি মাগী মশাদা কামগী য়াখল হেক কোক্তিুবা ফাওবা মাবু কা অমগী মনুংদা ক্রাজিন্দুনা থমগনি ॥ ৩৬৫ ॥

অতোনবা জাতিগী নিপানা অহেনবা জাতিগী নুপীদা হুয়াল্লুরবদি

অভিষহ্য তু যঃ কন্যাং কুর্য্যাদ্দর্পেণ মানবঃ।
তস্যাশু কর্ত্ত্যে অঙ্গুল্যৌ দণ্ডঞ্চার্হতি ষট্‌শতম্॥ ৩৬৭
সকামাং দূষয়ংস্তুল্যো নাঙ্গুলিচ্ছেদমাপ্নুয়াৎ।
দ্বিশতন্তু দমং দাপ্যঃ প্রসঙ্গবিনিবৃত্তয়ে॥ ৩৬৮
কন্যৈব কন্যাং যা কুর্য্যাৎ তস্যাঃ স্যাদ্দ্বিশতো দমঃ।
শুল্কঞ্চ দ্বিগুণং দদ্যাচ্ছিফাশ্চৈবাপ্নুয়াদ্দশ॥ ৩৬৯
যা তু কন্যাং প্রকুর্য্যাৎ স্ত্রী সা সদ্যো মৌণ্ড্যমর্হতি।
অঙ্গুল্যোরেব চ চ্ছেদং খরেণোদ্বহনং তথা॥ ৩৭০

---

নিংথৌনা মহাকপু অথীবম ককৃপনচিংবা তৌহ্‌না অন্নাবা পীগনি, অহুগা জাৎ মান্নবী মশানস্থ য়াজবী নুপী তিন্নরুবগীদমক্তি মাবু দণ্ড থোইনা তৌরোই ; অহুগা নুপী অহুগী মপানা পামলবদি মহাক্না শেল খরদি মমল ওইনা পীগদবনি॥ ৩৬৬॥

উশিৎ থৌওইদনা জাতি তিন্নবী অতোপ্পগী কনাগুম্বী নুপী অমগী ফিস্থংদা (অথীবমৃদা) মখূৎ থিংজিল্লুবা থোক্লবদি খূদক্তা নিংথৌনা নিপাহুগী খূৎচা অনি ককথৎকদবনি অহুপা পণ ৬০০ জরি তৌগদবনি॥ ৩৬৭॥

মশানা য়াজবী জাতিস্থ তিন্নবী নুপীদা মথক্কী অস্থম্না তৌরুর-বদি নিপা অহুগী খূৎচা ককলোই অত্নমদি ওইরগা অসিগুম্বা নাতৈ চাদনা হেক্তিনবা থবক অসি থিংনবগীদমক পণ ২০০ দি জরি তৌ-গদবনি॥ ৩৬৮॥

কনাগুম্বী নুপীনা অতোপ্পী নুপী অমগী অথাবমদা মখূৎ থিং-জিন্দুনা নুপী অহুগী লৈশাবী (কুমারী) ওইজবা অহু মাঙ্‌হল্লুরবদি মমল (শুল্ক) শন্নাক অনি হেন্না পীহনগদবনি অহুগা লীচৈনা ১০ য়কস্থ ফূগদবনি॥ ৩৬৯॥

চহি য়াম্নবী নুপীনা মওঙ্‌ অস্থম্না নুপী মচাশিংবু মাঙ্‌হল্লরবদি মশম কোকথোক্লনা, খূৎচাশিং ককথৎলগা, গাধা মথক্তা তৌ-

ভর্তারং লঙ্ঘয়েদ্‌যা তু স্ত্রী জ্ঞাতিগুণদর্পিতা।
তাং শ্বভিঃ খাদয়েদ্রাজা সংস্থানে বহুসংস্থিতে॥ ৩৭১
পুমাংসং দাহয়েৎ পাপং শয়নে তপ্ত আয়সে।
অভ্যাদধ্যুশ্চ কাষ্ঠানি তত্র দহ্যেত পাপকৃৎ॥ ৩৭২
সংবৎসরাভিশস্তস্য দুষ্টস্য দ্বিগুণো দমঃ।
ব্রাত্যয়া সহ সংবাসে চাণ্ডাল্যা তাবদেব তু॥ ৩৭৩
শূদ্রো গুপ্তমগুপ্তংবা দ্বৈজাতং বর্ণমাবসন্।
অগুপ্তমঙ্গসর্ব্বস্বৈগুপ্তং সর্ব্বেণ হীয়তে॥ ৩৭৪

---

হন্দুনা নুপী অদুবু লমজাউদা অসুম কোয়না পুদুনা খুংগোইন-গদবনি॥ ৩৭০॥

অচৌ-অশাং মচানি হায়ত্নুনা নত্রগা মশক-মতৌ হেনবীনি হায়ত্নুনা নাপলনা মাঙ্‌ওইনত্নুনা মপুরোয়ববু থাদোক্কুনা অতোপ্পা নিপাগা লৈপুন ওইবী নুপী অত্নুদি নিংথৌনা মহাকপু মীয়াম মমাঙ দা হুইদা পীজথোক্কদবনি॥ ৩৭১॥

অত্নুগা মীগী নুপী ভাঙ নরম্বা নিপা অদুবুনা মৈ-ঈক্লবা য়োৎকী ফম্মুংদা হিপহন্দুনা চাকথেকহনগনি। পাপ চেনবা অত্নুনা উৎ হেক ওইত্রিবা ফাওবা মৈদা শীং হুজিনবা লেপলোইদবনি॥ ৩৭২॥

মীগী নুপী ভাঙ্‌নরম্বদগী দণ্ড ফংখ্রবা নিপানা চহি ওল্লবদা অমুক হন্না হান্নগী নুপী অত্নুগা লৈপুন ওইনরম্লবদি হান্নগী দণ্ড অত্নুগী শরুক অনি হেন্না লানুগনি; ব্রাত্যনিঙোল (ব্রাত্য—সংস্কার লৈতবা) অমদি চণ্ডাল নিঙোলগা লৈপুন ওইনবগীসু অসুন্না দণ্ড পীগনি॥ ৩৭৩॥

মপুরোয়বগী শেগাদা লৈরীবীবু ওইরবসু হন্না য়েংবীখিত্রবীবু (নত্রগা লুখ্রা ওইরবীবু) ওইরবসু শূদ্র নিপানা দ্বিজাতি নুপীদা য়েংলুরবদি মপু পান্দবী নুপীদা ওইরবদি শূদ্র অত্নুগী অথৌবম্ কক্-থৎকনি, অত্নুগা মচাক-মরল পুম্নমকসু মৎকনি॥ ৩৭৪॥

বৈশ্যঃ সর্ব্বস্বদণ্ডঃ স্যাৎ সংবৎসরনিরোধতঃ।
সহস্রং ক্ষত্রিয়ো দণ্ড্যো মৌণ্ড্যং মূত্রেণ চার্হতি ॥ ৩৭৫
ব্রাহ্মণীং যদ্যগুপ্তান্তু গচ্ছেতাং বৈশ্যপার্থিবৌ।
বৈশ্যং পঞ্চশতং কুর্য্যাৎ ক্ষত্রিয়ন্তু সহস্রিণম্ ॥ ৩৭৬
উভাবপি তু তাবেব ব্রাহ্মণ্যা গুপ্তয়া সহ।
বিপ্লুতৌ শূদ্রবদ্দণ্ড্যৌ দগ্ধব্যৌ বা কটাগ্নিনা ॥ ৩৭৭
সহস্রং ব্রাহ্মণো দণ্ড্যো গুপ্তাং বিপ্রাং বলাদ্‌ব্রজন্।
শতানি পঞ্চ দণ্ড্যঃ স্যাদিচ্ছন্ত্যা সহ সঙ্গতঃ ॥ ৩৭৮
মৌণ্ড্যং প্রাণান্তিকো দণ্ডো ব্রাহ্মণস্য বিধীয়তে।
ইতরেষান্তু বর্ণানাং দণ্ডঃ প্রাণান্তিকো ভবেৎ ॥ ৩৭৯

---

বৈশ্যনা মপুরোয়বগা হকপান্নরিবী ব্রাহ্মণীবু য়েংলুরবদি চহি অমা কৈশুমশঙদা থমগনি অতুগা মচাক-মরল পুন্নমক মংকনি, অতুগা ক্ষেত্রিনা অস্নুম তৌনা ব্রাহ্মণীদা য়েংলন্নবদি পণ ১,০০০ জরি তৌবগা লোয়ননা গাধা মযুংনা মরু কোকথোকহনগনি ॥৩৭৫॥

বৈশ্য নত্রগা ক্ষেত্রিনা মপুরোইবা লৈতবী ব্রাহ্মণীবু হুল্লাল্লন্ন-বদি বৈশ্য অতুনা পণ ৫০০, ক্ষেত্রি অদুবুনা পণ ১,০০০ জরি তৌগনি ॥ ৩৭৬ ॥

মগুণ চেনবী হকপান্নরিবী ব্রাহ্মণীবু বৈশ্য নত্রগা ক্ষেত্রিনা হুল্লাল্লন্নবদি মখোয় অনিমক শূদ্রগা মান্ননা দণ্ড তৌগনি নত্রগা নাপী-শীংনা অমদি শাংউৎ-শীংনাংনা কূপশিল্লগা মৈ থা-দোক্কনি ॥ ৩৭৭ ॥

মপুরোযবা হকপান্নরিবী ব্রাহ্মণীদা ব্রাহ্মণ অমনা হুলাল্লবদি ব্রাহ্মণ অদুবু পণ ১,০০০ দণ্ড তৌগনি। অতুগা মশানা রাজবী ব্রাহ্মণীদা অমুক্তং হুল্লাল্লুবগীদি পণ ৫০০ জরি তৌগনি ॥ ৩৭৮ ॥

হাৎপমক য়ারবস্তু ব্রাহ্মণগীদি মকুকোকথোক্লগা তোকনি অতুগা বর্ণ অতৈদি অতুম্মক হাৎকনি—মসিনা শাস্ত্রগী বিধাননি ॥ ৩৭৯ ॥

ন জাতু ব্রাহ্মণং হন্যাৎ সর্ব্বপাপেষ্বপি স্থিতম্ ।
রাষ্ট্রাদেনং বহিষ্কুর্য্যাৎ সমগ্রধনমক্ষতম্ ॥ ৩৮০
ন ব্রাহ্মণবধাদ্ভূয়ানধর্ম্মো বিদ্যতে ভুবি ।
তস্মাদস্য বধং রাজা মনসাপি ন চিন্তয়েৎ ॥ ৩৮১
বৈশ্যশ্চেৎ ক্ষত্রিয়াং গুপ্তাং বৈশ্যাং বা ক্ষত্রিয়ো ব্রজেৎ ।
যো ব্রাহ্মণ্যামগুপ্তায়াং তাবুভৌ দণ্ডমর্হতঃ । ॥ ৩৮২
সহস্রং ব্রাহ্মণো দণ্ডং দাপ্যো গুপ্তে তু তে ব্রজন্ ।
শূদ্রায়াং ক্ষত্রিয়বিশোঃ সাহস্রো বৈ ভবেদ্দমঃ ॥ ৩৮৩
ক্ষত্রিয়ায়ামগুপ্তায়াং বৈশ্যে পঞ্চশতং দমঃ ।
মূত্রেণ মৌণ্ড্যমিচ্ছেত্তু ক্ষত্রিয়ো দণ্ডমেব বা ॥ ৩৮৪

---

পাপ পূম্নমক্না তিন্দুনসু ব্রাহ্মণবুদি কৈদৌঙৈদসু হাৎফদে ; অতুমদি ওইরগা মচাক-মরল পূম্নমক্না লোয়ননা ওৎপা-নৈবা করি-সুঁদি তৌদনা মহাকপু নৈবাক অতুদগীদি তাম্থোকখিগদবনি ॥৩৮০॥

ব্রাহ্মণ হাৎপদগী হেনবা অধর্ম্ম অমা পৃথিবী অসিদা লৈত্রে । মরম অতুনা ব্রাহ্মণ হাৎকে হায়বসিদি পূক্লিঙ্‌দা ফাওবা কৈদৌ-ঙৈদসু খল্লোইদবনি ॥ ৩৮১ ॥

বৈশ্যনা মপুরোয়বা হকপান্নরিবী ক্ষেত্রি নুপীদা ছল্লাল্লুরবদি অতুগা ক্ষেত্রিনসু মওঙ্‌ অসুম্না বৈশ্য নুপীদা য়েংলুরবদি মপুরোয়বা লৈতবী ব্রাহ্মণীদা ছল্লানবগী ফংফম থোকপা দণ্ড অতু মখোয় অনিমক্তা পীগনি ॥ ৩৮২ ॥

ব্রাহ্মণনা, মপুরোয়বগা হকপান্নরিবী ক্ষেত্রি নত্রগা বৈশ্য নুপীদা ছল্লাল্লবদি ব্রাহ্মণ অদু পণ ১,০০০ জরি তৌগনি, অতুগা ক্ষেত্রি অমসুং বৈশ্যনা মওঙ্‌ অসুম্না হকপান্নরিবী শূদ্র নুপীদা ছল্লাল্লবদি মখোয়বুসু পণ ১,০০০ জরি তৌগনি ॥ ৩৮৩ ॥

বৈশ্যনা মপুরোয়বা লৈতবী ( ঙাকপিনবা রাংলবী ) ক্ষেত্রি নুপীদা ছল্লাল্লবদি নিপা অদু পণ ৫০০ জরি তৌগনি অতুগা ক্ষেত্রিনা

অগুপ্তে ক্ষত্রিয়াবৈশ্যে শূদ্রাং বা ব্রাহ্মণো ব্রজন্।
শতানি পঞ্চদণ্ড্যঃ স্যাৎ সহস্রন্ত্বন্ত্যজস্ত্রিয়ম্॥ ৩৮৫
যস্য স্তেনঃ পুরে নাস্তি নান্যস্ত্রীগো ন দুষ্টবাক্।
ন সাহসিকদণ্ডঘ্নৌ স রাজা শক্রলোকভাক্॥ ৩৮৬
এতেষাং নিগ্রহো রাজ্ঞঃ পঞ্চানাং বিষয়ে স্বকে।
সাম্রাজ্যকৃৎ সজাত্যেষু লোকে চৈব যশস্করঃ॥ ৩৮৭
ঋত্বিজং যস্ত্যজেদ্যাজ্যো যাজ্যঞ্চর্ত্বিক্ ত্যজেদ্ যদি।
শক্তং কর্ম্মণ্যদুষ্টঞ্চ তয়োর্দণ্ডঃ শতং শতম্॥ ৩৮৮

---

মওঙ্ অসুম তৌবয়্গনা গাধা ময়ুংনা মরু কোকথোক্কনি নত্রগা পণ ৫০০ জরি তৌগনি॥ ৩৮৪

ব্রাহ্মণনা মপুরোযবনচিংবা ঙাকপিনবা লৈতবী ক্ষেত্রি নত্রগা বৈশ্য নত্রগা শূদ্র নূপীদা হুল্লাল্লবদি পণ ৫০০ জরি তৌগনি অদুগা চণ্ডালনচিংবা অতোনবা জাতিগী নূপীদা হুল্লাল্লুরগনা পণ ১,০০০ জরি তৌগনি॥ ৩৮৫॥

নিংথৌ অদুগী লৈবাক্তা হূরানবা মী, মীগী নূপীদা হুল্লানবা মী, মীচৈ-মীরাং থীবা মী, মীগী ময়ুম মৈ-থাবনচিংবা তৌঙমদবা তৌবা মী, মীবু ফূ বা খোৎপা তৌবা মী অসিনচিংবসি লৈত্রবদি নিংথৌ অদুনা শিরগা ইন্দ্রলোক ফংই॥ ৩৮৬॥

হূরানবনচিংবা মথক্তা হায়রিবা মী ৫খল মঙা অসিবু লাক-শিল্লবা নিংথৌ অদুদি মীরমলেন অসিদনা নিংথৌ মচা ময়াম মরক্তা মহাক্না নিংথৌরেননি অমসুং মদুগী মতুংইন্না মিংচৎসু চাউই॥ ৩৮৭॥

কনাগুম্বা যজমান সেবকনা থবক পুবা গুম্বা ঋত্বিক (পুরোহিত) পু থাদোক্লবদি অদুগা ঋত্বিক্কসু মরাল লৈতবা যজমানবু মরম চাদনা থাদোক্লবদি—মখোয় অনিমক পণ ১০০। ১০০ রাকোং-হনগনি॥ ৩৮৮॥

ন মাতা ন পিতা ন স্ত্রী ন পুত্রস্ত্যাগমর্হতি।
ত্যজন্নপতিতানেতান্ রাজ্ঞা দণ্ড্যঃ শতানি ষট্ ॥ ৩৮৯
আশ্রমেষু দ্বিজাতীনাং কার্য্যে বিবদতাং মিথঃ।
ন বিব্রূয়ান্নৃপো ধর্ম্মং চিকীর্ষন্ হিতমাত্মনঃ ॥ ৩৯০
যথার্হমেতানভ্যর্চ্য ব্রাহ্মণৈঃ সহ পার্থিবঃ।
সান্ত্বেন প্রশময্যাদৌ স্বধর্ম্মং প্রতিপাদয়েৎ ॥ ৩৯১
প্রাতিবেশ্যানুবেশ্যৌ চ কল্যাণে বিংশতি দ্বিজে।
অর্হাবভোজয়ন্ বিপ্রো দণ্ডমর্হতি মাষকম্ ॥ ৩৯২

---

মমা, মপা, মতূ, মচানিপা—মখোয় অসিনা জাতি মাঙ্বা য়াবা থবকমক তৌবা নত্রবদি মখোয়বু থাদোকফদে। মথক্কী দোষ অসি লৈতনা কনাগুম্বনা মখোয়বু থাদোক্লবদি নিংথৌনা মহাক অদুবু পণ ৬০০ জরি তৌগনি ॥ ৩৮৯ ॥

দ্বিজাতিশিংগী মরক্তা য়ুম্বানবা (গার্হস্থ্য) নচিংবা আশ্রমশিংগী মরমদা শাস্ত্রনা হায়বা থবক্কী লমদা মহৈ মহৈ য়েৎনতুনা থৎনরক্লবদি, মশাগী অফবা ওইনিঙ্বা নিংথৌনা মীচঙ্ অমত্তদা হেক্তমক তোংশিন্দুনা করিগুম্বা ধর্ম্মগী য়ারেপ তাবা হৌনদে॥ ৩৯০ ॥

অসিগুম্বা মফমদদি—থৎনরিবা মীশিংবু মাগী মাগী মতিক চাবা ইকাইখুম্নবা উত্তূনা নিঙ্থিনা থেমজিনবীতুনা শাউনরিবতু নেমথনহল্লগা মতিকচাবা ব্রাহ্মণবু মখোয় অতুদা মশা মশাগী ধর্ম্ম তাহনবীগদবনি ॥ ৩৯১ ॥

করিগুম্বা মঙ্গলগী থবক অমদা ব্রাহ্মণ ২০ থকপু পীজ-পীথক তৌগদবা লৈরবদা, য়ুমথংনবা নত্রগা মতুগা লোয়্ননা লৈবা পীজ-পীথক তৌবদসু মতিক চাবা অতুগুম্বা মরৈকাইগী ব্রাহ্মণবু থজোক্লগা অতোপ্পা ব্রাহ্মণ ঙাক্তবু পীজক্লবা মী অতুদি সুপা-কোঞ্চাক মাষা অমা জরি তৌগনি ॥ ৩৯২ ॥

**শ্রোত্রিয়ঃ শ্রোত্রিয়ং সাধুং ভূতিকৃত্যেষভোজয়ন্‌।**
**তদন্নং দ্বিগুণং দাপ্যো হিরণ্যঞ্চৈব মাষকম্‌॥ ৩৯৩**
**অন্ধো জড়ঃ পীঠসর্পী সপ্তত্যা স্থবিরশ্চ যঃ।**
**শ্রোত্রিয়েষূপকুর্ব্বংশ্চ ন দাপ্যাঃ কেনচিৎ করম্‌॥ ৩৯৪**
**শ্রোত্রিয়ং ব্যাধিতার্ত্তৌ চ বালবৃদ্ধাবকিঞ্চনম্‌।**
**মহাকুলীনমার্য্যঞ্চ রাজা সম্পূজয়েৎ সদা॥ ৩৯৫**
**শাল্মলীফলকে শ্লক্ষ্ণে নেনিজ্যান্নেজকঃ শনৈঃ।**
**ন চ বাসাংসি বাসোভির্নির্হরেন্ন চ বাসয়েৎ॥ ৩৯৬**
**তন্তুবায়ো দশপলং দদ্যাদেকপলাধিকম্‌।**
**অতোহন্যথা বর্ত্তমানো দাপ্যো দ্বাদশকং দমম্‌॥ ৩৯৭**

---

মশানসু বেদ-হৈবা অমা ওইরগা মঙ্গলগী থবক্তা য়ুমলোন-কৈরোম্নবা নকুবা পূকচেল শেংবা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণবু পীজন্দ্রবদি, পীজ-পীথক তৌবদা চঙ্‌খিবা পোৎ অহুগী শরুক অনি মঙোন্দা পীগদবনি অহুগা য়ুম্বু অহুনা সনা মাষা অমা জরি তৌগদবনি॥৩৯৩॥

মমিৎ তাঙ্‌বা, মশা পঙ থরবা, মখোঙ তেকপা, চহি ৭০ শুরবা অমদি ফৌ-চেঙ্‌নচিংবা পীহুনা মতম পুম্নমক্তা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণশিংগী কাম্নবতা তৌবীবা—অসিগুম্বা মীওইশিং অসিদগীদি নিংথৌনা খাজনা লোথৎপিরোইদবনি॥ ৩৯৪॥

বেদহৈবা-ব্রাহ্মণ, ব্যাধি থুংলবা মী, অরাবা তারবা মী, অঙাং, অহল, লায়রবনা তৎলবা মী, শাগৈ জাৎ য়াম্না হেন্না ফবা অমদি মপূকচেল য়াম্না চাউবা মী—মখোয় অসিবুদি নিংথৌনা দান তৌহুনা, ইকাইখুম্নবা উত্তুনা, অমদি পূজা তৌহুনা থমগনি হায়বদি লুনা তৌবীগনি॥ ৩৯৫॥

ধোবিশিংনা তেরাগী অনানবা ফাল মথক্তা ফি শুগনি; অমগী ফিগা অমগী ফিগা তোংশিন্নহল্লোইদবনি নত্রগা অমগীনা অমদা শেরান্নুনা পীরোইদবনি॥ ৩৯৬॥

ফি শাবা মীনা ফি শানবগীদমক য়ুম্বাল্লিবা মী অমদগী লং পল

শুল্কস্থানেষু কুশলাঃ সর্ব্বপণ্যবিচক্ষণাঃ।
কুর্য্যুরর্ঘং যথাপণ্যং ততো বিংশং নৃপো হরেৎ॥ ৩৯৮
রাজ্ঞঃ প্রখ্যাতভাণ্ডানি প্রতিষিদ্ধানি যানি চ।
তানি নির্হরতো লোভাৎ সর্ব্বহারং হরেন্নৃপঃ॥ ৩৯৯
শুল্কস্থানং পরিহরন্নকালে ক্রয়বিক্রয়ী।
মিথ্যাবাদী চ সংখ্যানে দাপ্যোঽষ্টগুণমত্যয়ম্॥ ৪০০
আগমং নির্গমং স্থানং তথা বৃদ্ধিক্ষয়াবুভৌ।
বিচার্য্য সর্ব্বপণ্যানাং কারয়েৎ ক্রয়বিক্রয়ৌ॥ ৪০১

---

১০ লৌগ্রবদি চনাংনচিংবা থারকফম থোকপনা য়ুম্থু অতুদা পীরবা মতমদদি ঙ্কি অতু পল ১১ লুমগদবনি ; মখাম অসি য়োদনা পীরবদি ফিশাবা মী অদুবু পল ১২ কোংহনগদবনি॥ ৩৯৭॥

লল্লোন ইতিক পুম্নমক্তা য়াম্না হৈশিংবা, মাশুল লৌবদা হৈ-শিংবা অতুগুম্বা মীওইশিংনা লেপ্লা পোৎকী মমলদা, ঙংলকপা শেন্দোংগী শরূক ২০ থোকপগী শরূক অমা নিংথৌনা মাশুল ওইনা লৌথৎকনি॥ ৩৯৮॥

য়োনবা য়াবা পোৎতি ওইরগা মা পুম্নমক্না নিংথৌগী মপোৎনি হায়না খঙ্নরবা পোৎ নত্রগা মীরৈবাক লাম্না য়োল্লুবা য়াদে হায়না নিংথৌগী য়াথংনা থিংলিবা পোৎ—অসিগুম্বা পোৎপু শেন্দোং পাম্বদগী কনাগুম্বা লল্লোনবা মীনা য়োম্থোকল্লরবা নত্রগা মীরৈবাক তাম্না পুথোকল্লরবা অতু ওইরবদি নিংথৌনা মাগী মচাক-মরল পুম্নমক মংকনি॥ ৩৯৯॥

মাশুলমচিংবা তিংদনবা লম্বী হুরাম্দুনা চৎপা নত্রগা অহিংন-চিংবদা নৈবা-য়োনবা তৌবা নত্রগা নিংথৌগী থাজনা কিবনা য়োনগদবা পোৎকী মশীং হায়জিন্দুনা নমথাক তৌবা মী অদুবু নিংথৌনা মানা থুপলম্বা থিকম থোকপা শেল অতুগী শরূক ৮ হেন্না লৌথৎকদবনি॥ ৪০০

পোৎ অলি কন্না লাম্না লাকপা, কন্না থাম্না চৎখগদবা,

পঞ্চরাত্রে পঞ্চরাত্রে পক্ষে পক্ষেঽথবা গতে।
কুর্ব্বীত চৈষাং প্রত্যক্ষমর্ঘসংস্থাপনং নৃপঃ।। ৪০২
তুলামানং প্রতিমানং সর্ব্বঞ্চ স্যাৎ সুলক্ষিতম্।
ষট্সু ষট্সু চ মাসেষু পুনরেব পরীক্ষয়েৎ।। ৪০৩
পণং যানং তরে দাপ্যং পৌরুষোঽর্দ্ধপণং তরে।
পাদং পশুশ্চ যোষিচ্চ পদার্দ্ধং রিক্তকঃ পুমান্।। ৪০৪
ভাণ্ডপূর্ণানি যানানি তার্য্যং দাপ্যানি সারতঃ।
রিক্তভাণ্ডানি যৎকিঞ্চিৎ পুমাংসশ্চাপরিচ্ছদাঃ।। ৪০৫

---

কয়ানিগী মতুংদা মমল কয়াদা লৈগদবা ( লেপকদবা ) থবক তৌবশিংগী শেংন-চানবদনা বযা য়াম্না চাদিঙ্‌ তৌখ্রবা অসি পূম্নমক থম্লগা নিংথৌনা লল্লোনপোংকী লৈবা যোনবা তৌহনগনি ॥ ৪০১ ॥

মমল লেপ্তবা পোংকানা নুমিৎ মঙানি মঙানিগী তুংদা অতুগা মমল সেপ্পা পোংকীনা থা মথায় অমমমদা—নিংথৌনা পোংকী মমল মুন্না থঙ্‌বা মীশিং য়াওনা কৈথেলগী দব লেপকনি ॥ ৪০২ ॥

সনা লুপানচিংবা ওন্ননবগীদমক শেম্বা খল অতুগা ফৌনচিংবা মরোংগী ওন্ননবা থুম্মূক-তায়রূক-শঙ্‌বাযনচিংবা—পূম্নমক অসি নিংথৌনা থোইদোক্না মিৎযেং চঙ্‌তুনা োপবনি অতুগা থা ৬। ৬কী মতুংদা মথোয় অদুবু অমুক অমুক পর্বাক্ষা তৌতুনা যেংগনি ॥ ৪০৩ ॥

মপোৎ য়াওদবা গাড়ী‌চিংবা লাম্থোকপা তারবদি অরানমন পণ অমা লৌগনি ; মীপোৎ অমা লুম্বা পোৎলূম লানবগীনা পণ তংথায় অমা মাশুল লৌগনি ; যণনচিংবা শা অমদি নূপীবু লাম্থোকপা তারবদি পণ অমগী শরূক নরিগী অমা ( থুজিং ৫ ) অতুগা মপোৎ য়াওদবা নিপা অমা লাম্থোকপগীনা পণ অমগী ৮ থোকপগী শরূক অমা মাশুল পীগনি ॥ ৪০৪ ॥

লল্লোনপোৎ থন্না হাপ্পা গাড়ী লানবা তারবদি পোংকী মমল য়াম্বা য়ামদবগী মতুং ইন্না মাশুল লৌগনি ; অহাঙ্‌বা চক্‌-চনাই থুম্মূক-তায়রূকচিংবা মমল য়ামদবা পোৎ লাম্থোকপদি নত্রগা

দীর্ঘাধ্বনি যথাদেশং যথাকালং তরো ভবেৎ।
নদীতীরেষু তদ্বিদ্যাৎ সমুদ্রে নাস্তি লক্ষণম্॥ ৪০৬
গর্ভিণী তু দ্বিমাসাদিস্তথা প্রব্রজিতো মুনিঃ।
ব্রাহ্মণা লিঙ্গিনশ্চৈব ন দাপ্যাস্তারিকং তরে॥ ৪০৭
যন্নাবি কিঞ্চিদ্দাশানাং বিশীর্য্যেতাপরাধতঃ।
তদ্দাশৈরেব দাতব্যং সমাগম্য স্বতোঽংশতঃ॥ ৪০৮
এষ নৌযায়িনামুক্তো ব্যবহারস্য নির্ণয়ঃ।
দাশাপরাধতস্তোয়ে দৈবিকে নাস্তি নিগ্রহঃ॥ ৪০৯
বাণিজ্যং কারয়েদ্বৈশ্যং কুসীদং কৃষিমেব চ।
পশূনাং রক্ষণঞ্চৈব দাস্যং শূদ্রং দ্বিজন্মনাম্॥ ৪১০

---

ফিজেৎ-লৈতেং য়াওন্নবা লায়রবা মীবু লানবদদি মাশুল থজীক্তমক লৌগনি॥ ৪০৫॥

তুরেনগী ঈশিংদা অনকপা-অরাপ্পদা হঙ্গৎহন্দা চৎপা তারবদি ঈচেল কনবা তপ্পা অমদি নিংথম-কালেন, নোংজু-মুংশাগী মতুংইন্না মমল লেপকনি। সমুদ্রদদি নিয়মশিং অতু চঙ্‌দে—মতুগীদি ওইবা য়াবা মওঙ্‌দা মাশুল লৌগনি॥ ৪০৬॥

থা অনি শুনা মীরোল্লবী নূপী, লম্বোইবা, বানপ্রস্থ-ধর্ম্ম চৎলবা মা, ব্রহ্মচারী অমদি ব্রাহ্মণনা লাস্থোক-লানশিন তৌরবদি মতুগীদমক মমল লৌরোই॥ ৪০৭॥

হিহোনবশিংগী দোষনা অতোংবা মীশিংগী মপোৎ মাঙ্‌লবদি হি অতুগী হিহোনবশিং অতু পুনশিন্নরগা মাগী মাগী শরুক্তগী থায়-গৎনতুনা মাঙ্‌খ্রিবা পোৎ অতুগী ক্ষতিপূরণ পীগদবনি॥ ৪০৮॥

হিদা চৎপশিংগী বিচারদি মসিনি—হিহোনবা মীগী দোষনা পোৎ-চৈ মাঙ্‌লবদি মতু হিহোনবনা শিংগদবনি অতুগা লাইগী নোংদমনা মরম ওইতুনা মাঙ্‌খি তাকখিবগীদি হিহোনবশিংগী দায়ী নত্তে॥ ৪০৯॥

নিংথৌনা বৈশ্যমখেক্না লাল্লোন ইতিক তৌবা, সেন্দোইহ চারবী

ক্ষত্রিয়ঞ্চৈব বৈশ্যঞ্চ ব্রাহ্মণো বৃত্তিকর্ষিতৌ।
বিভৃয়াদানৃশংস্যেন স্বানি কর্ম্মাণি কারয়ন্ ॥ ৪১১
দাস্যন্তু কারয়ন্ লোভাদ্ ব্রাহ্মণঃ সংস্কৃতান্ দ্বিজান্।
অনিচ্ছতঃ প্রাভবত্যাদ্ রাজ্ঞা দণ্ড্যঃ শতানি ষট্। ৪১২
শূদ্রন্তু কারয়েদ্দাস্যং ক্রীতমক্রীতমেব বা।
দাস্যায়ৈব হি সৃষ্টোঽসৌ ব্রাহ্মণস্য স্বয়ম্ভুবা ॥ ৪১৩
ন স্বামিনা নিসৃষ্টোঽপি শূদ্রো দাস্যাদ্বিমুচ্যতে।
নিসর্গজং হি তৎ তস্য কস্তস্মাৎ তদপোহতি ॥ ৪১৪
ধ্বজাহৃতো ভক্তদাসো গৃহজঃ ক্রীতদত্রিমৌ।
পৈতৃকো দণ্ডদাসশ্চ সপ্তৈতে দাসযোনয়ঃ ॥ ৪১৫

---

থবক, লৌউ-শীংউবা অমসুং শা-ষণনচিংবা য়োকপা-থাকপগী থবক অতুগা শূদ্রবুনা দ্বিজাতিশিংগী সেবা তৌবগী থবক তৌহনগনি ॥৪১০॥

ক্ষেত্রি অমসুং বৈশ্যনা মাগী মাগী মনাৎকী থবক তৌবদা চাবা শেৎপা থুংলক্রবদি ব্রাহ্মণনা মাগী মাগী থবক তৌনহন্দুনা থৌজাল হৈবা পুকচেম্না য়োকপি-থাকপি তৌবীগনি ॥ ৪১১ ॥

ব্রাহ্মণনা মপু শানিঙ্ঙ্গনা নত্রগা ওইজবা তাম্নিঙ্ঙ্গনা মশানা ত্তৌনিঙ্দবা, মনাক্তা লৈবা দ্বিজশিংবু মখোঙ্ হাম্বনচিংবা মীনাইগী থবক তৌহল্লবদি, নিংথৌনা ব্রাহ্মণ অদুবু পণ ৬০০ য়াকোহনগনি ॥ ৪১২ ॥

অরৈবা মীনাইবু ওইরবসু, মমল পীদনা লৈবা নত্তববু ওইরবসু ব্রাহ্মণনা শূদ্রবু মীনাইগী থবক তৌহনগনি। মরমদি বিধিনা শূদ্রবু সেবাগী থবক তৌহন্নবগীদমক শেম্লকবা ওইবনা ॥ ৪১৩ ॥

মাবু লোইবা মপু অদুনা মীনাই কোকপিহনা থাদোকপিরক্লবসু শূদ্রদি থক মীনাইগী থবক কোকথিবা লৈতে। মাগী স্বভাব কজবনা মরম ওইদুনা মীগী মীনাই ওইরম্বা অদুদি কোকথিবা য়াই—মীনাইগী থবক্তি থাদোকপা য়াদে ॥ ৪১৪ ॥

মীনাই মখল ৭নি মথুদি—(১) ধ্বজাহৃত হায়বদি লান জয়

ভার্য্যা পুত্রশ্চ দাসশ্চ ত্রয় এবাধনাঃ স্মৃতাঃ।
যৎ তে সমধিগচ্ছন্তি যস্য তে তস্য তদ্ধনম্॥ ৪১৬
বিশ্রব্ধং ব্রাহ্মণঃ শূদ্রাদ্ দ্রব্যোপাদানমাচরেৎ।
ন হি তস্যাস্তি কিঞ্চিৎ স্বং ভর্ত্তৃহার্য্যধনো হি সঃ॥ ৪১৭
বৈশ্যশূদ্রৌ প্রযত্নেন স্বানি কর্ম্মাণি কারয়েৎ।
তৌ হি চ্যুতৌ স্বকর্ম্মভ্যঃ ক্ষোভয়েতামিদং জগৎ।।৪১৮

---

তৌথুনা ফংলকপা, (২) ভক্তদাস হায়বদি চাবা ফংনবগীদমক ওইবা মীনাই, (৩) গৃহজ—হায়বদি মশাগী মীনাইন্দুবীগী মচা, (৪) ক্রীত—মমল পীথুনা লৈরবা মীনাই, (৫) দত্ত্রিম হায়বদি অতোপ্পা মীনা পীরকপা মীনাই, (৬) পৈতৃক হায়বদি—মীনাই ফুঙ্গা (অহল্লম্মন হাক্তকগী ওইরকপা), (৭) দণ্ডদাস—হায়বদি নিংথৌদা য়াংকোং-শেল থীবা ঙমদথুনা মীগী মীনাই ওইখিবা॥ ৪১৫॥

মতূ, মচা অমসি মীনাই—মখোয় অহুম অসিবু শাস্ত্রনা 'অতোনবা' হায়রগা খঙ্নৈ—হায়বদি মখোয়না তাঙবা শেল-থুম পুম্নমক অতু খক মরম্নাই মরম্নাই ওইবা য়াদে—মতু পুম্নমক মখোয়গী য়োকপী-থাকপি তৌরিবা মপানচিংবা অতুগী অতুম ওইগনি। অতুমসি ওইরগা অউন-পোৎনচিংবা নুপীগী মরল ৬ থক্কী য়াকমদি শাস্ত্রদা ইরি, যজ্ঞনচিংবা থবক্তা নুপীগীসু অধিকার লৈ অতুগা মপু-রোয়বগী মরলদা নুপীগীসু হক লৈ॥ ৪১৬॥

ব্রাহ্মণনা পুকচেল শেংনা অশেংবা মাগী মনাই ওইবা শূদ্রদগী শেল-থুম লৌশিনবা য়াই, মরমদি মাগীদি মরম্নাই হায়বা করিসু লৈতে; শূদ্র মীনাইগী মরল পুম্নমক মপু ব্রাহ্মণ অতুনা লৌকম থোকই। হায়বদি খুদোং থীরক্রবদি ব্রাহ্মণনা মীনাইদগী নম হাথুনা ওইরবসু শেল-থুম লৌবা য়াই॥ ৪১৭॥

নিংথৌনা চেকশিন্না হোৎনথুনা বৈশ্য অমসুং শূদ্রবু মাগী মাগী মথৌ তৌনহল্লগনি মরমদি, অনিমক অসিন্না মথৌ তৌনরক্রবদি ত্বাইবঙ্‌পানবা অমি মথক-মখা ওল্লকই॥ ৪১৮॥

অহন্যহন্যবেক্ষেত কর্ম্মান্তান্ বাহনানি চ।
আয়ব্যয়ৌ চ নিয়তাবাকরান্ কোষমেব চ ॥ ৪১৯
এবং সর্ব্বানিমান্ রাজা ব্যবহারান্ সমাপয়ন্।
ব্যপোহ্য কিল্বিষং সর্ব্বং প্রাপ্নোতি পরমাং গতিম্ ॥ ৪২০

ইতি মানবে ধর্ম্মশাস্ত্রে ভৃগুপ্রোক্তায়াং
সংহিতায়াং অষ্টমোঽধ্যায়ঃ ॥ ৮ ॥

---

নিংথৌনা হুমিৎ থূদিঙ্গী মাগী মীশিংনা পায়খৎনরিবা থবক পূন্নমক্কী মওঙ্-মতৌ য়েংশিনগনি ; শগোল শামু য়থ দোলাই-নচিংবা তোংননবা পোৎশিং, চাগা-চাদিঙ্, সনা লুপানচিংবা-পোৎ থোকফম খনিনচিংবা অমদি সনা-লনগৈ, পূকৈনচিংবসু হুমিৎ থূদিঙ্গী য়েংশিনগনি ॥ ৪১৯ ॥

নিংথৌনা মতৌ অসুম্না তৌফম থোকপা হৌনবী য়ায়েন-থৌদানচিংবা পূন্নমক পাঙ্থোকপা লোইরবদি পাপ পূন্নমক্তগী কোক্তুনা শিরগা অথোইবা লোক ফংলুই ॥ ৪২০ ॥

নিপানগুবা অধ্যায়গী মৈতৈলোনগী শরাক লোইরে ॥ ৮ ॥

---

# নবমোঽধ্যায়ঃ

পুরুষস্য স্ত্রিয়াশ্চৈব ধর্ম্মে বর্ত্মনি তিষ্ঠতোঃ।
সংযোগে বিপ্রয়োগে চ ধর্ম্মান্ বক্ষ্যামি শাশ্বতান্ ॥ ১
অস্বতন্ত্রাঃ স্ত্রিয়ঃ কার্য্যাঃ পুরুষৈঃ স্বৈর্দ্দিবানিশম্।
বিষয়েষু চ সজ্জন্ত্যঃ সংস্থাপ্যা আত্মনো বশে ॥ ২

---

ধর্ম্মগী লম্বীদা লৈনরিবা নিপা নূপী অনিনা হকপামরিঙৈদা অমদি থাইদোক্লরবদা ঙাক্লফম থোকপা নিত্যধর্ম্ম ( হুমিৎ থূদিঙগী ওইবা মথৌ ) অহ্ হায়গে তাবীয়ু ॥ ১ ॥

২ মপুরোয়শনচিংবা ইস্তুংগী-জিলাশিংনা নূপীশিংবু অহিং-নুমিত

পিতা রক্ষতি কৌমারে ভর্ত্তা রক্ষতি যৌবনে।
রক্ষন্তি স্থবিরে পুত্রা ন স্ত্রী স্বাতন্ত্র্যমর্হতি ॥ ৩
কালেঽদাতা পিতা বাচ্যো বাচ্যশ্চানুপযন্ পতিঃ।
মৃতে ভর্ত্তরি পুত্রস্তু বাচ্যো মাতুররক্ষিতা ॥ ৪
সূক্ষ্মেভ্যোঽপি প্রসঙ্গেভ্যঃ স্ত্রিয়ো রক্ষ্যা বিশেষতঃ।
দ্বয়োর্হি কুলয়োঃ শোকমাবহেয়ুররক্ষিতাঃ ॥ ৫
ইমং হি সর্ব্ববর্ণানাং পশ্যন্তো ধর্ম্মমুত্তমম্।
যতন্তে রক্ষিতুং ভার্য্যাং ভর্ত্তারো দুর্ব্বলা অপি ॥ ৬

---

অনিমক্তা মনিঙ্ তৌনা কৈদৌঙৈদসু লৈহল্লোইদবনি ; মতম পূম্নমক্তা অথিংবা লৈতনা রূপ-রস ( কেহন-মোহন্দুনা ) নচিংবদা লূপহন্দুনা মথোয়বু শরক শিহন্দনা খূত্থম চম্না থমগদবনি ॥ ২ ॥

নূপীদি ময়ুম পান্দ্রিবৈদা মপানা, মথোন-কাবা মতমদনা মপুরোয়বনা অত্থুগা অহল ওইরক্লবদনা মচানিপানা ঙাক্কদবনি, মথোয়দি করিগুম্বা মতমদসু মনিঙ্ তৌনা থক লৈরোইদবনি ॥ ৩ ॥

লুহোঙ্বা য়ারক্লবদা হায়বদি কন্যা হায়বত্থু ওইরিবৈদা মচানিঙোলবু থাজ-য়োঙজত্রবদি মপা অদুবু মীনা থীনা ঙাঙ্‌নৈ ; ঋতু কালদা ( থাগী লৈ শাৎপা মতমদা ) মশাগী নূপীগা লৈপুন ওইনজ্রবা নিপা অত্থুসু নিন্দা তৌনফম মশক্কি অত্থুগা মপুরোয়বা শিথ্রবদা লুখ্রাবী মমাবু য়োকপি-থাকপিহৌজ্রবা মচানিপাশিং অত্থুসু মীরম্মলেন অঙিদা থোইদোক্না নিন্দা তৌননিংঙাই মশক্কি ॥ ৪ ॥

নিপানা নূপীবু হাইফেত্ত ফাওবা ফত্তবা সঙ্গ তৌথিদনবা চেকশিনগদবনি, মরমদি—মত্থুদা থৌশাহৌদবনা মরমচৎ মাঙ্‌লক্লবী নূপী অহুনা মরা মযুম অমদি মপাম শাগে অনিমকী মৈশা লাংহন্নবা ওইরকই ॥ ৫ ॥

মশাগী নূপীবু ঙাকপি-কনবীবা হায়রগনিবা ধর্ম্ম [illegible] [illegible] ॥ মরম [illegible] [illegible] বর্ণ [illegible] না

স্বাং প্রসূতিং চরিত্রঞ্চ কুলমাত্মানমেব চ।
স্বঞ্চ ধর্মং প্রযত্নেন জায়াং রক্ষন্ হি রক্ষতি ॥ ৭
পতির্ভার্য্যাং সম্প্রবিশ্য গর্ভো ভূত্বেহ জায়তে।
জায়ায়াস্তদ্ধি জায়াত্বং যদস্যাং জায়তে পুনঃ ॥ ৮
যাদৃশং ভজতে হি স্ত্রী সুতং সূতে তথাবিধম্।
তস্মাৎ প্রজাবিশুদ্ধ্যর্থং স্ত্রিয়ং রক্ষেৎ প্রযত্নতঃ ॥ ৯

---

শোল্লবসু কল্লবসু মশা মশাগী নূপীশিংবু ঙাক্নবা চেকশিন্নগদবনি ॥ ৬ ॥

মশাগী নূপীবু নিঙ্থিনা ঙাকপিরবদি মহুতগী মপান্না নিপা অহু মাগী মপা-মপু, মশাগী লমচৎ অমদি ধর্ম্ম পূন্নমক অসিবুসু অহুম্মক ঙাকপা ওই, মরমদি—সঙ্কর (ঈ শেংদবা) নচিংবগী দোষ লৈরবদি অশেংবা মতৈ-মনাউগী হুংশিনবা হায়বহু ওইহুনা মহুনা হৌন-লোনচৎ-অপুম্বা ঙাকপা ওইরকই অহুগা মহুনা মপা-মপুনচিংবা বংশ অমসুং মশা অনিমকপুসু ঙাকপা হায়বহু ওইরকই। অশেংবা মচানা শ্রাদ্ধনচিংবা অশি-অনাগী থবক নিঙ্থিনা পাঙ্থোকই, অসুম তৌনা মশাগী ধর্ম্মবুসু ঙাকপা ওই; মরমদি—মরমচৎ মতুংবী নূপীগা হকপান্নবা নিপাতনা মৈ পুজা তৌবা অমদি গর্ভ পীবগী হক লৈ হায়না তাকলি ॥ ৭ ॥

মপুরোয়বনা শুক্র (য়েল নত্রগা বীর্য্য) ওইনা মশাগী নূপীদা চঙ্হুনা গর্ভ পুহল্লগা মাগী গর্ভদগী মচা ওইনা পোক্লকই। নিপাদগী শুক্র ওইনা পোক্লগা জায়া (নূপী=মহু) দগী অমুক হন্না পোকই হায়হুনা জায়াবু (নূপীবু) 'জায়া' কৌবনি। মরম অহুনা মশাগী নূপীবু নিঙ্থিনা ঙাকপদি নিপাগী মথৌনি ॥ ৮ ॥

মসিমদি অরেপ্পনি মতংদি—নূপীনা, মানা মানা নিঙ্লিবা মপুরোয়বা অহুগা মায়বা মচা হেক্তমক পোকই, মরম অসিনা অকবা মচা [illegible] মশাগী নূপীবু চেকশিন্না ঙাকদবনি ॥ ৯ ॥

ন কশ্চিদ্যোষিতঃ শক্তঃ প্রসহ্য পরিরক্ষিতুম্ ।
এতৈরুপায়যোগৈস্তু শক্যাস্তাঃ পরিরক্ষিতুম্ ॥ ১০
অর্থস্য সংগ্রহে চৈনাং ব্যয়ে চৈব নিযোজয়েৎ ।
শৌচে ধর্ম্মেঽন্নপক্ত্যাঞ্চ পারিণাহ্যস্য বেক্ষণে ॥ ১১
অরক্ষিতা গৃহে রুদ্ধাঃ পুরুষৈরাপ্তকারিভিঃ ।
আত্মানমাত্মনা যাস্তু রক্ষেয়ুস্তাঃ সুরক্ষিতাঃ ॥ ১২
পানং দুর্জ্জনসংসর্গঃ পত্যা চ বিরহোঽটনম্ ।
স্বপ্নোঽন্যগেহবাসশ্চ নারীসন্দূষণানি ষট্ ॥ ১৩

---

নম-হাত্না ( পাংগল শীজিন্নবনা ) নূপাবু কৈদৌঙৈদসু অক্ষবা লম্বীদা পুরকপা য়াদে, অতুমদি ওইরগা মথাদা হায়রক্লিবা উপায়শিং অসিতনদি মথোয়বু ইরায় লায়না ঙাকপি-কনবীবা য়াই॥ ১০ ॥

নুপীবু অচুম্বা লম্বী চৎহন্নবা উপায়গী মরম হায়রি—শেল তুংবদা নত্রগা চাদিঙ্ তৌবদা, মশাগী হকচাং অমসুং পোৎ-চৈ পূন্নমক তরু তরুহনবদা, হান্নদগী হোত্না লৈববা মৈগী পুজানচিংবা নিঙ্থিনা পাঙ থোকপদা, চাক-ঈনশাং থোংবদা ফম্মুং-ফানুংন-চিংবা ইমূংগী পোৎ-চৈ মখৈবু য়েংশিন্দুনা তরু-তনান্না থম্বদা—অসিনচিংবা ইমুংগা থবক্তা নূপীবু মতম পূন্নমক্তা শীজিন্নগদবনি ॥ ১১ ॥

মরমচৎ ফত্তবনা মরম ওইদুনা মশাবু কনজনবা করিসু তৌত্রবী নূপী অদুদি ইমুংগী নিপা মখৈনা কা অমগী মনুংদা ফাজিন্দুনা ফন থমহুনসু ঙাকপা ঙমদে ; অতুগা অমরোমদনা মতম পূন্নমক্তা মশাবু কঞ্জনবা চেৎকশিন্না লৈজবী নূপীশিং অদুদি ঙাকপি-শেনবীরুত্রবমকশু মশানা অতুম্মক হিংজে ॥ ১২ ॥

যু-থকপা ওক্তবা নিপা শন্নবা, মপুরোয়বগা থাইনবা, অটিথূদিঙ্ চত্তুনত্তা লৈবা, মতম চাদনা তুম্বা অমদি মীগী মযুমদা লেপনবা—৬ অসিনা নূপীগী ওক্তনবা মরম ওইহল্লি ॥ ১৩ ॥

নৈতা রূপং পরীক্ষন্তে নাসাং বয়সি সংস্থিতিঃ।
সুরূপং বা বিরূপং বা পুমানিত্যেব ভুঞ্জতে॥ ১৪
পৌংশ্চল্যাচ্চলচিত্তাচ্চ নৈঃস্নেহ্যাচ্চ স্বভাবতঃ।
রক্ষিতা যত্নতোহপীহ ভর্ত্তৃষ্বেতা বিকুর্ব্বতে॥ ১৫
এবং স্বভাবং জ্ঞাত্বাসাং প্রজাপতিনিসর্গজম্।
পরমং যত্নমাতিষ্ঠেৎ পুরুষো রক্ষণং প্রতি॥ ১৬
শয্যাসনমলঙ্কারং কামং ক্রোধমনার্জ্জবম্।
দ্রোহভাবং কুচর্য্যাঞ্চ স্ত্রীভ্যো মনুরকল্পয়ৎ॥ ১৭
নাস্তি স্ত্রীণাং ক্রিয়া মন্ত্রৈরিতি ধর্ম্মব্যবস্থিতিঃ।
নিরিন্দ্রিয়া হ্যমন্ত্রাশ্চ স্ত্রিয়োহনৃতমিতি স্থিতিঃ॥ ১৮

নুপীশিংনা নিপা মশক থীবা-ফজবা য়েংবা লৈতে, পাথংলা হন্নুবরা হায়বস্নু খন্দে, ফজগে-ফজৌ, মশক থাগে-থীয়ু, নিপাতবু ফংলবদি লৈপুন হেক্তা মওইনৈ॥ ১৪॥

নিপা হেক উবগা তিন্নিনিঙ্‌বা ঈথক্না থম্মোই ইথক থক্নকই (তপথফম খঙ্‌লক্তে), অত্তগা শুংশিবা হায়বত্তমদি ময়াওন্দ্রবনা মপুরোয়বত্নুনা ফন-চেকশিন্না ঙাক-শেঞ্জরবস্নু নুপীনা হেক্তমক ওক্ত-শাজং চংলি॥ ১৫॥

বিধিনা নুপীবু অসিগুম্বনা মখোয়গী মনাং ওইনা শেম্নক্রবনি হায়বসি মতম পুন্নমক্তা কাউবা লৈতনা নিপানা মখোয়বু য়াম্না চেকশিন্না ঙাকপি-শেনবীগদবনি॥ ১৬॥

মপোক্কী ওইনা লোয়নজরকপা নুপীগী হৌনশাদি—তুমজ-হিপচবা, ফম্বা, কেজ-মোজবা, কামগী রাখলদা লুপ্পা, শাউবা, লোনম্বা, মীবু কল্লকপা (পরহিংসা) অমদি ফত্তবা থবক তৌবদা হৈনবা—অসুম্না মনুনা সৃষ্টিগী মতমদা কল্পনা তৌখি (লেপখি)॥১৭॥

শাস্ত্রগী বিধান মতুংইন্না নুপীগীদি জাতকর্ম্মনচিংবা (পোকপগী তৌবা হৌনবা ষষ্ঠী শোনবনচিংবা) শেংদোকপগী থবক পুন্নমক মন্ত্রনা তৌদে, মরম অদিনা মখোয়গী থম্মোয়দি তশেং ভশেংলে,

তথা চ শ্রুতয়ো বহ্ব্যো নিগীতা নিগমেষ্বপি।
স্বালক্ষণ্যপরীক্ষার্থং তাসাং শৃণুত নিষ্কৃতীঃ ॥ ১৯
যন্মে মাতা প্রলুলুভে বিচরন্ত্যপতিব্রতা।
তন্মে রেতঃ পিতা বৃঙ্‌ক্তামিত্যস্যৈতন্নিদর্শনম্ ॥ ২০
ধ্যায়ত্যনিষ্টং যৎ কিঞ্চিৎ পাণিগ্রাহস্য চেতসা।
তস্যৈষ ব্যভিচারস্য নিহ্নবঃ সম্যগুচ্যতে ॥ ২১
যাদৃগ্‌গুণেন ভর্ত্রা স্ত্রী সংযুজ্যেত যথাবিধি।
তাদৃগ্‌গুণা সা ভবতি সমুদ্রেণেব নিম্নগা ॥ ২২

---

স্মৃতি অমদি বেদনচিংবা শাস্ত্রদা মখোয়গী অধিকার লৈতে—মর-অতুনা মখোয়না ধর্ম্মগী মশক খঙ্‌বা ঙমদে অতুগা করিগুম্বা মন্ত্র অমত্তদসু মখোয়গী হক লৈতবনা করিগুম্বদা মশাগী পাপ কোক-হল্লনবা মন্ত্র শোনবা য়াদে; মরম অতুনা মখোয় অসিদি য়াম্না তোনবা অমদি কান্নদবা মশক ওই ॥ ১৮ ॥

শ্রুতি অমসুং নিগম শাস্ত্রদা নূপীনা শাজৎ-চুমদবগী রা ফোং-দোকলি অতুগা মখোয়গী ওক্তবা শাজৎকী প্রায়শ্চিত্তসু হায়রিবা শ্রুতি অসিমক্তদা বর্ণন তৌরি—মতু তাবিয়ু ॥ ১৯ ॥

"ঐগী ইমানা অসতী ওইদুনা মীগী মযুমদা লৈরুবনচিংবা তৌথিবা অতুগা অতোপ্পা নিপানা মকহল্লরুবা অতুগুম্বা ইমাগী রজঃ (ঈ) অদুবু ঐগী ইপানা শেংদোকপিসনু" অসুম্না অর্থ ফোংদোকপা মন্ত্র নিগম শাস্ত্রদা য়াওরি ॥ ২০ ॥

অতোপ্পা নিপাগা শম্ননিঙ্‌তুনা মপুরোয়বনা হায়বা ইন্দবা করিগুম্বা থরদং থোকখিবগী পাপ অদু কোক্লনবা ওইনা মন্ত্র অসি শীজিন্নৈ ॥ ২১ ॥

ভূরেনগী ঈশিংনা সমুদ্রগা শম্নবদা থুমহী হেক্ত গুনবশুবা নূপীসু মানা মানা মপুরোয়বা ওইনা তিন্নরুবা অকবা কত্তবা নিপা-শিং অমুগী মরমচৎ মতৌ হেক্তমক লোই ॥ ২২ ॥

অক্ষমালা বশিষ্ঠেন সংযুক্তাধমযোনিজা।
শারঙ্গী মন্দপালেন জগামাভ্যর্হণীয়তাম্ ॥ ২৩
এতাশ্চান্যাশ্চ লোকেঽস্মিন্নপকৃষ্টপ্রসূতয়ঃ।
উৎকর্ষং যোষিতঃ প্রাপ্তাঃ স্বৈঃ স্বৈর্ভর্তৃগুণৈঃ শুভৈঃ ॥ ২৪
এষোদিতা লোকযাত্রা নিত্যং স্ত্রীপুংসয়োঃ শুভা।
প্রেত্যেহ চ সুখোদর্কান্ প্রজাধর্মান্ নিবোধত ॥ ২৫
প্রজনার্থং মহাভাগাঃ পূজার্হা গৃহদীপ্তয়ঃ।
স্ত্রিয়ঃ শ্রিয়শ্চ গেহেষু ন বিশেষোঽস্তি কশ্চন ॥ ২৬
উৎপাদনমপত্যস্য জাতস্য পরিপালনম্।
প্রত্যহং লোকযাত্রায়াঃ প্রত্যক্ষং স্ত্রীনিবন্ধনম্ ॥ ২৭

খূদম ওইনা তাকপিরম্মী—অতোনবা শাগৈদা পোকপী "অক্ষমালা" না বশিষ্ঠ ঋষি অত্থুগা 'শারঙ্গী' না মন্দপাল কৌবা ঋষিগা লুহোঙ নজবদগী থোইদোক্না ইকাইখুম্নবা ফংজখি ॥ ২৩ ॥

মথোয় অসিনে অত্থুগা সত্যবতীনচিংবী অতোপ্পী নূপী কন্না-মরুমস্থু অতোনবা শাগৈদা পোক্তূনসু মন্না মপুন্নোয়বগী মগুণনা চিংখৎপিখি ॥ ২৪ ॥

নিপা নূপীগী হুমিং খূদিঙ্গী ওইবা ( নিত্য ওইবা ) মথৌগী মরম হায়রে। হুজীক অমুক মীরমলেন লাইরমলেন অনিমক্কী হুংঙাইনবা ওইবা অত্থুগুম্বা মতৈ-মনাউ অনিগী ধর্ম্ম অত্থু হায়রক্কে তাও ॥ ২৫ ॥

মচা-মশূনচিংবা ধারা তাহনবনা মরম ওইত্থুনা নূপীশিংনা ইমুং মত্থুংদা থানবা মৈঙালগী মশক্তি—খ্বায়দগী হেন্না কান্নহনবীনি অমদি পূজা তৌনফম মশক্তি। মরম অত্থুনা ইমুংগী চাওখৎপা অমদি ফজবা নিঙথিবগা নূপীগা অনিমক করিস্থু খেন্নবা লৈতে ॥ ২৬ ॥

মচানিপা ফংবা, অঙাং য়োকপা অত্থুগা অতিথি অমদি ঙাই-শেলনচিংবা মন্নী-মতাগী সেবা তৌবা অশিনচিংবা হুমিং খূদিঙ্গী

সত্যবতী—ব্যাসদেবগী পোকপী, ভুব নিঙোল।

অপত্যং ধর্ম্মকার্য্যাণি শুশ্রূষা রতিরুত্তমা।
দারাধীনস্তথা স্বর্গঃ পিতৃণামাত্মনশ্চ হ॥ ২৮
পতিং যা নাভিচরতি মনোবাগ্‌দেহসংযতা।
সা ভর্ত্তৃলোকানাপ্নোতি সদ্ভিঃ সাধ্বীতি চোচ্যতে॥ ২৯
ব্যভিচারাত্তু ভর্ত্তুঃ স্ত্রী লোকে প্রাপ্নোতি নিন্দ্যতাম্।
শৃগালযোনিঞ্চাপ্নোতি পাপরোগৈশ্চ পীড্যতে॥ ৩০
পুত্রং প্রত্যুদিতং সদ্ভিঃ পূর্ব্বজৈশ্চ মহর্ষিভিঃ।
বিশ্বজন্যমিমং পুণ্যমুপন্যাসং নিবোধত॥ ৩১
ভর্ত্তুঃ পুত্রং বিজানন্তি শ্রুতিদ্বৈধন্তু ভর্ত্তরি।
আহুরুৎপাদকং কেচিদপরে ক্ষেত্রিণং বিদুঃ॥ ৩২

---

ওইনা লৈবা মুস্বাল্লোনগী থাদোকফত্রবা থবকশিং অসিদা নুপীতনা তোপতোপ্পী পাম্বে অমনি॥ ২৭॥

মচানিপা পোকপা, ধর্ম্মগী থবক-থনা পাঙ্‌থোকপা, মীগী সেবা তৌবা, অথোইবা রতি ( শৃঙ্গার নত্রগা অপাম্বা ), মশাগী অমদি মপা মপুগী স্বর্গ ফংবা—পূম্নমক নূপীগী মখা পোল্লি হায়বদি মপান তাংই॥ ২৮॥

পূক্নিঙ্‌-হকচাং অমদি হাই-হাতাদা কৈদৌঙৈদসু মপুরোয়বগী মাঙ্‌নবা তৌদবী অচুম্বী নূপীদি শিরগা পতিলোক ( মপুরোয়-বগী লৈফম ) তা চংলি অচুগা সাধুজনশিংনসু মপূকচেল শেংবীনি হায়না শীংথানৈ॥ ২৯॥

ওক্তবী নূপীদি মীরমলেন অসিদসু মীনা তাথীনৈ অচুগা মতুংগী মপোক্তসু লমহুই ওইনা পোক্লুই ;—মী ওইনা পোক্লবসু কুষ্ঠি থুংবনচিংবা ফত্তবা লাইনাশিংনা অরাবা ফংই॥ ৩০॥

সাধুশিংনা অমদি মথক মথক্কী মহর্ষিশিংনা, মচানিপা হায়ব-সিগী মরমদা তাইবঙ্‌ মীশিংগী কায়নবা ওইবা শেংলবা রাওাঙ কন্না তাকপিরম্মী—মহ হায়গে তাও॥ ৩১॥

মপুরোয়বতনা মচানিপাগী মপুনি—হায়নি, মুনিশিংনা তাকপি-

ক্ষেত্রভূতা স্মৃতা নারী বীজভূতঃ স্মৃতঃ পুমান্।
ক্ষেত্রবীজসমাযোগাৎ সম্ভবঃ সর্ব্বদেহিনাম্॥ ৩৩
বিশিষ্টং কুত্রচিদ্বীজং স্ত্রীযোনিস্ত্বেব কুত্রচিৎ।
উভয়ন্তু সমং যত্র সা প্রসূতিঃ প্রশস্যতে॥ ৩৪
বীজস্য চৈব যোন্যাশ্চ বীজমুৎকৃষ্টমুচ্যতে।
সর্ব্বভূতপ্রসূতির্হি বীজলক্ষণলক্ষিতা॥ ৩৫
যাদৃশং তূপ্যতে বীজং ক্ষেত্রে কালোপপাদিতে।
তাদৃগ্রোহতি তৎ তস্মিন্ বীজং স্বৈর্ব্যঞ্জিতং গুণৈঃ॥৩৬
ইয়ং ভূমির্হি ভূতানাং শাশ্বতী যোনিরুচ্যতে।
ন চ যোনিগুণান্ কাংশ্চিদ্বীজং পুষ্যতি পুষ্টিষু॥ ৩৭

---

য়ম্বনি; অহুগা অসিগুম্বা মপুরোয়বা অসিগী মরমদা প্রকৃতি মখল অনি অমসু লৈরি মহুদি—মত অমদা—মচানিপা পোকহল্লিবা অহুতনা মচাগী মপুনি; অতোপ্পা মতনা—গর্ভ পুন্দুনা পোক্লকপী নুপী অহুতনা ( মমানা ) মচাগী মপু ওইগনি॥ ৩২॥

নুপী হায়বসিদি লৌফমগী মশক্তি অহুগা নিপানা বীজ (ফৌদী-মচিংবা মরূ) গী মশক্তি; লৌফম অমদি বীজ অনিনা তিন্নহুনা থরায় পানবা পূন্নমক অসি থোক্লক্লিবনি॥ ৩৩॥

করিগুম্বা মফমদা বীজনা (মরূ) মপূং ওই, করিগুম্বা মফমদনা লৌফমনা মপূং ওই। অহুমদি ওইরগা বীজগা লৌফমগা অথোই-অহেন লৈনদনা ( চপ মান্ননা লৈনরগা ) পোক্লকপা মচা অহুদি থ্বায়দগী হেন্না ফৈ হায়না শীংথানৈ॥ ৩৪॥

বীজগা লৌফমগা অনিগী মরক্তা বীজনা অথোইবনি; মরমদি পোক্লকপা অণ্ডাং অয়াম্বা বীজগী লক্ষণ চেন্নকপা ঙাক্লা ওই॥ ৩৫॥

মতম চানা থোইরবা লৌফমদা মরূ হুক্লগা, বীজ ( মরূ ) অমুগী গুণ চেনবা ময়োল হেক্তমক চোংথংলকই॥ ৩৬॥

লৈপাক লৈমা (পৃথিবী) অসিবু থরায় পানবা অপূম্বগী লোক-ত্রবা যোনি ( পোক্লকফম থোঙ ) নি হায়না, থগু মৈ,, অহুমদি

তুষারণ্যোকক্ষেত্রে কালোপ্তানি কৃষীবলৈঃ।
নানারূপাণি জায়ন্তে বীজানীহ স্বভাবতঃ॥ ৩৮
ব্রীহয়ঃ শালয়ো মুদ্গাস্তিলা মাষাস্তথা যবাঃ।
যথাবীজং প্ররোহন্তি লশুনানীক্ষবস্তথা॥ ৩৯
অন্যদুপ্তং জাতমন্যদিত্যেতন্নোপপদ্যতে।
উপ্যতে যদ্ধি যদ্বীজং তৎ তদেব প্ররোহতি॥ ৪০
তৎ প্রাজ্ঞেন বিনীতেন জ্ঞানবিজ্ঞানবেদিনা।
আয়ুষ্কামেণ বপ্তব্যং ন জাতু পরযোষিতি॥ ৪১
অত্র গাথা বায়ুগীতাঃ কীর্তয়ন্তি পুরাবিদঃ।
যথা বীজং ন বপ্তব্যং পুংসা পরপরিগ্রহে॥ ৪২

---

ওইরগা ময়োল—মউনচিংববু নোয়থোক-চাউথোকহনবগী মতাংদদি মহাক্না লৌফম ওইবগী গুণনা হেন্না চেনবা ওইনা উই॥ ৩৭॥

লৌমীনা লৌফম অমত্তদা অকক্লবা মতমদা মথল মথলগী মরু হুনবদা মরু মরু অতুগী মতুংইন্না তোঙান-তোঙানবা মশক-মতৌ ওইনা হৌগৎনরকপসি—মহৌশাগী মতৌনি॥ ৩৮॥

ব্রীহি (ফৌ), মুগ, অঙনফৌ (শালিধান্য), থোয়দিং, শগোল-হৱাই, যব, চনম অমদি চু—মখোয় অসি মরুগী মশক মান্না অতুম্মক হৌরকই॥ ৩৯॥

মরু জাৎ অমা থারগা মতুদগী অতোপ্পা অমা ওইনা থক হোরকপা য়াদে। থাথিথাখিবা মরু অহুদগী অতুগুম্বগী ময়োল অতুম্মক চোংলকই॥ ৪০॥

মরম অতুনা লাইরিক-লাইশু হৈরবা নোল্লুক-শাজৎ চৎপা, অমদি পুন্সীনিঙবা মীনা কৈদৌঙৈদসু অতোপ্পা নুপীদা মরু হুন্নোইদবনি॥ ৪১॥

হিরম অসিদা থায়নগী রারম থঙবা পণ্ডিতশিংনা হায়নবা বায়ুগী রারেং অমথক লৈ মতুদি—নিপানা মীগী নুপীদা থক মরু হুন্নোইদবনি॥ ৪২॥

নস্যতীষুর্যথা বিদ্ধঃ খে বিদ্ধমনুবিধ্যতঃ।
তথা নশ্যতি বৈ ক্ষিপ্রং বীজং পরপরিগ্রহে ॥ ৪৩
পৃথোরপীমাং পৃথিবীং ভার্য্যাং পূর্ব্ববিদো বিদুঃ।
স্থাণুচ্ছেদস্য কেদারমাহুঃ শল্যবতো মৃগম্ ॥ ৪৪
এতাবানেব পুরুষো যজ্জায়াত্মা প্রজেতি হ।
বিপ্রাঃ প্রাহুস্তথা চৈতদ্‌যো ভর্ত্তা সা স্মৃতাঙ্গনা ॥ ৪৫
ন নিষ্ক্রয়বিসর্গাভ্যাং ভর্ত্তুর্ভার্য্যা বিমুচ্যতে।
এবং ধর্ম্মং বিজানীমঃ প্রাক্‌প্রজাপতিনির্ম্মিতম্ ॥ ৪৬
সকৃদংশো নিপততি সকৃৎ কন্যা প্রদীয়তে।
সকৃদাহ দদানীতি ত্রীণ্যেতানি সতাং সকৃৎ ॥ ৪৭

---

শজিনচিংবা শা-গী মশাদা হান্নবা তেন অমনা থাগ্রবা মফম অত্থদা অতোপ্পা অমনা অমুক তেন কাপশিল্লুবগী কান্নবা লৈতবগুম মীগী নুপীদা মরু হল্লুবস্থ অত্থমগায় ॥ ৪৩ ॥

থায়নগী পণ্ডিতশিংনা পৃথিবীবু পৃথু নিংথৌগী নুপীনি হায়না খঙ্‌ নৈ। অসিগুম্না—উ-নচিংবা হৌরম্বা পাম্বীশিংবু য়াম্থৎ-খোত্তত্তুনা লৈপাক অদুবু শীজিন্নবা য়ানবা হোৎনরিবা মী অদুনা মফম অত্থগী মপুনি অত্থগা অহানবা শজিদা তেন্না থাখিবা মী অত্থনা শজি অত্থগী মপুনি ॥ ৪৪ ॥

নিপাদি মথন্তনা থক মপূংফাবা ওইদে, মতু অমস্থং মচা য়াঙ-ম্নগত্তা মপূংফাবা ওই। বেদ হৈবশিংনা হায়—মপুরোয়বা ওইবা হায়বসি নুপী য়াওদনদি থক ওইবা য়াদে ( মপূং ফাদে )॥ ৪৫ ॥

পীথোকপা-য়োম্থোকপা অমদি থাদোকখিবনা মতৈ-মনাউ ওইবগী মরী অদুবু থক মাঙ্‌হনবা ঙমদে, অসিগুম্বা ধর্ম্ম অসি মমাঙ্‌ নৈদা প্রজাপতিমক্না লেপথ্রবমকনি হায়না ঐনা খঙ্‌ই ॥ ৪৬ ॥

মপা মপুগী মরল-মথুমগী শরুক য়েন্থোক্লবা, নিঙোল থাজবা অমদি কন্নিগুম্বা পোৎ অমা দান তৌবা,—হায়রিবা মথল অহুম

যথা গোঽশ্বোষ্ট্রদাসীষু মহিষ্যজাবিকাসু চ।
নোৎপাদকঃ প্রজাভাগী তথৈবান্যাঙ্গনাস্বপি ॥ ৪৮

যেঽক্ষেত্রিণো বীজবন্তঃ পরক্ষেত্রপ্রবাপিণঃ।
তে বৈ শস্যস্য জাতস্য ন লভন্তে ফলং ক্বচিৎ ॥ ৪৯

যদন্যগোষু বৃষভো বৎসানাং জনয়েচ্ছতম্।
গোমিনামেব তে বৎসা মোঘং স্কান্দিতমার্ষভম্ ॥ ৫০

তথৈবাক্ষেত্রিণো বীজং পরক্ষেত্র প্রবাপিণঃ।
কুর্বন্তি ক্ষেত্রিণামর্থং ন বীজী লভতে ফলম্ ॥ ৫১

ফলন্ত্বনভিসন্ধায় ক্ষেত্রিণাং বীজিনাং তথা।
প্রত্যক্ষং ক্ষেত্রিণামর্থো বীজাদ্যোনির্গরীয়সী ॥ ৫২

---

অসিদ্দি লৈবাক মচা তাবা মীগী মফমদদি অমুক্তংগী থবক ঙাক্তনি (অনিরক হনবা য়াদে) ॥ ৪৭ ॥

শল, শগোল, উট, ইরোই-অমোম অসিনচিংবদা পোকপা মচাগী মপুদি মখোয়গী অপোকপা (মক্ন হনবা) অত্থনা ওইদবগুম্না অতোপ্পগী নুপীদা পোকলুবা মচাগী মপুসু অপোকপা মপা (মন্না হল্লুবা) অত্থনা থক ওইবা য়াদে ॥ ৪৮ ॥

মশাগী লৌফমদি লৈতবা ফৌদীনচিংবা মন্নাদি লৈবা মী অত্থনা মীগী লৌফমদা মন্না হল্লুরবদি মাগী মন্নানা ফংলকপা মরোং অত্থ মহাক্না থক ফংলুবা য়াদে ॥ ৪৯ ॥

অতোপ্পা মপু অমগী যণবীদা অতোপ্পগী শল-লাবা অমনা মচা ১০০ পোক্লুহুনসু মচাশিং অত্থ যণবী মপুগী অত্থম্মক ওইথি, যণ লাবনা মাগী য়েল তাহল্লুবহুগী করিসু কান্নবা লৈতে ॥ ৫০ ॥

অত্থগুমহুনা মীগী লৌফমদা মন্না হল্লুবা লৌকম লৈতবা মীনা লৌপুগীদমক তৌবীক্নবতা মতাই, মশাগীদি করিগুম্বা মহে অমত্তা ফংনিঙাই ওইদে ॥ ৫১ ॥

লৌ-পুগা, মন্না হনবা মীগা অনিমক্না য়ানবা অমা সম্মবদি, লৌপুকনা মহে চানবা মমলগীদি লৌফমনা অত্থণ হেক্নি ॥ ৫২ ॥

ক্রিয়াভ্যুপগমা ক্ষেত্রবীজার্থং যৎপ্রদীয়তে।
তস্যেহ ভাগিনৌ দৃষ্টৌ বীজী ক্ষেত্রিক এব চ ॥ ৫৩
ওঘবাতাহৃতং বীজং যস্য ক্ষেত্রে প্ররোহতি।
ক্ষেত্রিকস্যৈব তদ্বীজং ন বপ্তা লভতে ফলম্ ॥ ৫৪
এষ ধর্ম্মো গবাশ্বস্য দাস্যুষ্ট্রাজাবিকস্য চ।
বিহঙ্গমাহষীণাঞ্চ বিজ্ঞেয়ঃ প্রসবং প্রতি ॥ ৫৫
এতদ্বঃ সারফল্গুত্বং বীজযোন্যোঃ প্রকীর্ত্তিতম্।
অতঃপরং প্রবক্ষ্যামি যোষিতাং ধর্ম্মমাপদি ॥ ৫৬
ভ্রাতুর্জ্যেষ্ঠস্য ভার্য্যা যা গুরুপত্ন্যনুজস্য সা।
যবীয়সস্তু যা ভার্য্যা স্নুষা জ্যেষ্ঠস্য সা স্মৃতা ॥ ৫৭

---

অতুগা হান্নদগী হৌনা লৌপুগা মন্ধ হুনবগা অনিমক্কা য়ানভুনা চামিন্নসি, ফংমিন্নসি, হায়না লেপ্ন৷খিবগীদি অনিমক পূন্না মহৈ চামিন্নগনি ॥ ৫৩ ॥

ঈশিং নত্রগা হুংশিংনা চেল্লক্তুনা হৌরবা মন্না অতুস্সু মতুদগী থোক্লকপা মরোংনচিংবা পূন্নমক লৌ-মপু অতুনা ফংগনি, মন্নাগী মপুনা ফংফম কবিস্সু লৈতে ॥ ৫৪ ॥

শল, শগোল, উট, হামেঙ (অজাবিক), উচেক, ইরোই-অমোম অমদি মীনাইনুবী অসিনচিংবগী মচা পোকপদস্সু হায়রিব-সিগা অমত্তনি হাযবসি খঙ্‌গদবনি ॥ ৫৫ ॥

অন্নাৎপা অহেনবা যোনিগী মরমদা ঐনা নখোয়দা শম্নপ্না হায়রিবসিনি। মথংদা, মপুরোয়বনা পোকপা মচা-চেন্দবী নুপী-শিংগী মরম অমুক হায়গে ॥ ৫৬ ॥

ময়াম্বগী নুপীদি, মনাউনিপাগীদি গুরুপত্নী (গুরুনা লৌরী নুপী) নি অতুগা মনাউনিপাগী নুপীদি ময়াম্বা অতুগীদি মমৌ শক-পীনি ॥ ৫৭ ॥

জ্যেষ্ঠো যবীয়সো ভার্য্যাং যবীয়ান্ বাগ্রজস্ত্রিয়ম্।
পতিতৌ ভবতো গত্বা নিযুক্তাবপ্যনাপদি॥ ৫৮
দেবরাদ্বা সপিণ্ডাদ্বা স্ত্রিয়া সম্যঙ্ নিযুক্তয়া।
প্রজেপ্সিতাধিগন্তব্যা সন্তানস্য পরিক্ষয়ে॥ ৫৯
বিধবায়াং নিযুক্তস্তু ঘৃতাক্তো বাগ্যতো নিশি।
একমুৎপাদয়েৎ পুত্রং ন দ্বিতীয়ং কথঞ্চন॥ ৬০
দ্বিতীয়মেকে প্রজনং মন্যন্তে স্ত্রীষু তদ্বিদঃ।
অনির্বৃতং নিয়োগার্থং পশ্যন্তো ধর্মতস্তয়োঃ॥ ৬১
বিধবায়াং নিয়োগার্থে নির্বৃত্তে তু যথাবিধি।
গুরুবচ্চ স্নুষাবচ্চ বর্ত্তেয়াতাং পরস্পরম্॥ ৬২

---

হোৌনবী বিধি কায়দনা মশাগী নূপীদা পোকপা মচানিপা লৈন-লৈনমক ময়াম্বনা মনাউনিপাগী অতুগা মনাউনা ময়াম্বগী নূপীদা হল্লাল্লুরবদি মখোয় অতু পতিত ( লৈখা তাবা ) ওইগনি ॥ ৫৮ ॥

মচা পোক্ত্রবদি মাগী নূপীদা যাথং পীতুনা মনাউনিপা নত্রগা শাগৈ-নিপা অমদগী মচা য়াহন্দুনা ধারা ফংনবা হোৎনগনি ॥ ৫৯ ॥

লুখ্রা ওইবী নূপীনা মচা পাম্বা থোক্লবদি মপুরোয়বা নত্রগা শুকনা তাকপা নিপা অমনা মশা পূম্নমক ঘি তৈরগা রা-লাল ঙাঙ্বা তৌদনা অহিংদা লুখ্রাবী অতুদা মচানিপা অমত্তং পীহনগনি ; মচা অমদগী হেন্না থূন্নবা তৌবদি শুক্য়া য়াদে ॥ ৬০ ॥

নূপীগী মরম মুন্না থঙ্লবা কনা কনাগুম্বনা হায়বদি—মচা অমত্তনদি মচা পামতুনা য়াথং পীরিবা মী অতুগী য়াথং অতু হেক্তমক সিদ্ধ ওইরে হায়নিঙাই লৈতবনা নূপী অতুনা হান্নগী য়াথং ফংথ্রবা নিপা অতুমক্তদগী অনিশুবা মচা অমসু ফংনবা হোৎনজবা য়াই ॥৬১॥

অসুম তৌনা মচা থূন্নবগীদমক লুখ্রাবীগা শম্নকুরবা মতুংদা, মখোয়গী নিঙ্লিবা ( পামলিবা ) অতুনসু মহৈ য়ানখ্রবদি ময়াম্বা অমদি মনাউগী নূপী অনিমক গুরু অমদি মচা-মমৌ্ঙ্গা অতুম্মক অমুক লোয়নগনি ॥ ৬২ ॥

নিযুক্তৌ যৌ বিধিং হিত্বা বর্ত্তেয়াতান্তু কামতঃ।
তাবুভৌ পতিতৌ স্যাতাং স্নুষাগ-গুরুতল্পগৌ ॥ ৬৩
নান্যস্মিন্ বিধবা নারী নিযোক্তব্যা দ্বিজাতিভিঃ।
অন্যস্মিন্ হি নিযুঞ্জানা ধর্ম্মং হন্যুঃ সনাতনম্ ॥ ৬৪
নোদ্বাহিকেষু মন্ত্রেষু নিয়োগঃ কীর্ত্ত্যতে ক্বচিৎ।
ন বিবাহবিধাবুক্তং বিধবাবেদনং পুনঃ ॥ ৬৫
অয়ং দ্বিজৈর্হি বিদ্বদ্ভিঃ পশুধর্ম্মো বিগর্হিতঃ।
মনুষ্যাণামপি প্রোক্তো বেণে রাজ্যং প্রশাসতি ॥ ৬৬
স মহীমখিলাং ভুঞ্জন্ রাজর্ষিপ্রবরঃ পুরা।
বর্ণানাং সঙ্করং চক্রে কামোপহতচেতনঃ ॥ ৬৭

---

হৌন-লোনচৎ থুগায়ত্না মপূক্লিঙ্ ৱারক্লবা ঙমদবদগী মওঙ্ অসিগুম্না নত্তবা মিৎয়েং য়েংনরুরবদি ময়াম্বসু মনাউসু অনিম্বক গুরুপত্নী অমদি মমৌ-নূপীদা হুল্লাল্লুবগী দোষ ফংত্না লৈখা তাগনি ॥ ৬৩ ॥

দ্বিজশিংনা লুখ্রাবী নূপীবু অতোপ্পা নিপাগা থক তিন্নহল্লোই-দবনি; মরমদি—অতোপ্পা নিপাগা তিন্নহল্লবা মীশিং অচুদি অর্য্যধর্ম্ম থুগায়বা হায়বতু ওই ॥ ৬৪ ॥

লুহোঙবগী মন্ত্রদা নত্রগা লুহোঙবগী বিধি মন্নুংদা অমগী নূপীবু অতোপ্পদা শীনজিনবা অমদি লুখ্রাবীনা অমুক হন্না লুহোঙবা য়াই হায়বা অসিগুম্বা ৱাহৈ অসি মচি অমত্তদসু য়াওবা লৈতে ॥ ৬৫ ॥

বেদ হৈবা দ্বিজশিংনা মসিবু শা-গী লমচৎনি হায়না নিন্দা তৌনৈ; অচুমদি ওইরগা মমাঙৈঙদা বেণ নিংথৌনা পাল্লিঙৈদদি অসিগুম্বসি মীরক্তসু চৎনবী ওইনা লৈরম্মী হায়নৈ ॥ ৬৬ ॥

অচুগুম্বা অথোইবা রাজর্ষি অচুনা পৃথিবী পূম্বগী নিংথৌরেল অমসু ওইরগা পাপকী ৱাখল্দা অমদি কামগী ঈরাংদা লুপ্পুনা মসিবু চৎনবী ওলহনখিবদগী পৃথিবীদা বর্ণসঙ্কর ( ঈ-শেংদবা মচা পোকপা ) হায়বসি থোকহনখ্রিবনি ॥ ৬৭ ॥

ততঃ প্রভৃতি যো মোহাৎ প্রমীতপতিকাং স্ত্রিয়ম্।
নিযোজয়ত্যপত্যার্থং তং বিগর্হন্তি সাধবঃ॥ ৬৮
যস্যা ম্রিয়েত কন্যায়া বাচা সত্যে কৃতে পতিঃ।
তামনেন বিধানেন নিজো বিন্দেত দেবরঃ॥ ৬৯
যথাবিধ্যধিগম্যৈনাং শুক্লবস্ত্রাং শুচিব্রতাম্।
মিথো ভজেতাপ্রসবাৎ সকৃদ্‌ সকৃদৃতাবৃতৌ॥ ৭০
ন দত্ত্বা কস্যচিৎ কন্যাং পুনর্দদ্যাদ্বিচক্ষণঃ।
দত্ত্বা পুনঃ প্রযচ্ছন্ হি প্রাপ্নোতি পুরুষানৃতম্॥ ৭১
বিধিবৎ প্রতিগৃহ্যাপি ত্যজেৎ কন্যাং বিগর্হিতাম্।
ব্যাধিতাং বিপ্রদুষ্টাং বা ছদ্মনা চোপপাদিতাম্॥ ৭২

---

মতুদগী হৌতুনা কনাগুম্বনা পঙ থবকপদগী মচা ফংনবনি হায-ছনা লুখ্রাবীদা অতোপ্পা নিপা থাজিল্লবদি, লৈবাক মচা তাবশিংনা মহাক অদূবু নিন্দা তৌনখি (তাথীনবকখি)॥ ৬৮॥

লুহোঙ ত্রিইঙৈদা, থাজখ্রবী নূপী (কন্যা) গী বব অতুনা শিববদি মথাগী বিধান অসিগী মতুংইন্না বব অতুগী পোকমিন্নবা মনাউ-নিপানা কন্যা অদূবু লুহোঙ তুনা লৌগনি॥ ৬৯॥

অতুগা নূপী অতুনা গর্ভ লৈত্রিবা ফাওবদি (মীবোল্লক্তি্রবা ফাওবা) ঋতুগী মতম খূদিঙ মক্তা (থাগী লৈ শাৎলিঙৈদা) মশা শেংনা লৈবী ফিঙৌ শেৎপী নূপী অতুদা অমুক অমুক্তুং (থা অমদা অমুক) যেংলুগনি (শন্ন গনি)॥ ৭০॥

অশিংবা মীনা মচানিঙোলবু মী অমদা থাজথোকখ্রগা অতোপ্পা অমদা অমুক থাজ-যোনজবা খক তৌবোইদবনি। অমদা পীরবনি হায়না য়াথোকখ্রগা অতোপ্পা অমদা অমুক পীরবদি মিথ্যাসাক্ষী লীশীং অমা পীবগী পাপ অতু মী অহুনা ফংই॥ ৭১॥

মীনা থীনা ঙাঙনবী, কুষ্ঠিনচিংবা ফত্তবা লায়না চেনবী নত্রগা অতোপ্পা মরম অমদা ফৎলমত্রবী অতুগুম্বী নূপীবু তাৎ তৌতুনা

যস্তু দোষবতীং কন্যামনাখ্যায়োপপাদয়েৎ।
তস্য তদ্বিতথং কুর্য্যাৎ কন্যাদাতুর্দুরাত্মনঃ॥ ৭৩
বিধায় বৃত্তিং ভার্য্যায়াঃ প্রসবেৎ কার্য্যবান্ নরঃ।
অবৃত্তিকর্ষিতা হি স্ত্রী প্রদুষ্যেৎ স্থিতিমত্যপি॥ ৭৪
বিধায় প্রোষিতে বৃত্তিং জীবেন্নিয়মমাস্থিতা।
প্রোষিতে ত্ববিধায়ৈব জীবেচ্ছিল্পৈরগর্হিতৈঃ॥ ৭৫
প্রোষিতো ধর্ম্মকার্য্যার্থং প্রতীক্ষ্যোঽষ্টৌ নরঃ সমাঃ।
বিদ্যার্থং ষড়্যশোঽর্থং বা কামার্থং ত্রীংস্তু বৎসরান্॥ ৭৬

---

খঙ্হন্দনা লুহোঙ্‌তুনা পীরম্লবদি, লুহোঙ্‌তুনা লৌবী ফনমক ওই-তুনসু বরনা নূপী অদুবু থাদোকপা য়াই॥ ৭২॥

মচানিঙোলগী ফত্তবা দোষ পূম্নমক খঙ্হন্দনা লোৎলগা মচা থাজবা (লুহোঙ্‌বা) মপূক ফত্তবা মী অতুদি, লৌরিবা নিপা অতুনা মচানূপী অদুবু থাদোক্তুনা মাগী দান অতু অরেম্বা তাহনগদবনি॥৭৩॥

করিগুম্বা থবক অমগীদমক মীরৈবাক্তা চৎখিবা তারবদি নিপানা মাগী নূপীগী শেংন-চানবগীদমক শেল রাত্তনবা শীল্লমগদবনি; মরমদি শেংন-চানবা রাৎলক্লবদি লমচৎ শেংবী নূপীসু লৈখা তাবা থবক তৌশিল্লকই॥ ৭৪॥

মরা মপুরোয়বনা শেল-থুম থম্বীরম্লগা মীরৈবাক্তা চৎগ্রবদি, নূপী অতুনা মপূক্লিঙ্ লাকশিন্দুনা মতম লেনগনি; অতুগা শেল থম্বীরমদবা থোক্লবদি লংনাইবনচিংবা দোষ লৈতনা খুৎশা হৈবগী থবক তৌতুনা হিংননবা হোৎনগনি॥ ৭৫॥

মপুরোয়বনা দেশ রাংমা লান্না ধর্ম্ম তানবা চৎখ্রবদি মাবু চহি ৮ চুপ্পা ঙাইগনি; মহে তম্বা চৎখিবগীনা চহি ৬, শেল তানবা নত্রগা নূপী থিনিঙ্‌বা পুকচেলনা মরম ওইদুনা চৎখিবনা চহি ৩ ঙাইগনি। অতুদগীদি য়োকহন-থাকহম্নবগীদমক মাগী মনাক য়ৌনা চৎকনি॥ ৭৬॥

সংবৎসরং প্রতীক্ষেত দ্বিষন্তীং যোষিতং পতিঃ।
ঊর্দ্ধং সংবৎসরাত্ত্বেনাং দায়ং হৃত্বা ন সংবসেৎ॥ ৭৭
অতিক্রামেৎ প্রমত্তং বা মত্তং রোগার্ত্তমেব বা।
সা ত্রীন্ মাসান্ পরিত্যাজ্যা বিভূষণপরিচ্ছদা॥ ৭৮
উন্মত্তং পতিতং ক্লীবমবীজং পাপরোগিণম্।
ন ত্যাগোঽস্তি দ্বিষন্ত্যাশ্চ ন চ দায়াপবর্ত্তনম্॥ ৭৯
মদ্যপাঽসাধুবৃত্তা চ প্রতিকূলা চ যা ভবেৎ।
ব্যাধিতা বাধিবেত্তব্যা হিংস্রার্থঘ্নী চ সর্ব্বদা॥ ৮০
বন্ধ্যাষ্টমেঽধিবেদ্যাব্দে দশমে তু মৃতপ্রজা।
একাদশে স্ত্রীজননী সদ্যস্ত্বপ্রিয়বাদিনী॥ ৮১

---

মপুবোয়ববু মশক যেংনিঙ্দবী ( পামদবী ) নূপী অদূবু মপু-রোয়বনা চহি অমা ঙাইহুনা য়েংগনি। মসিমক্তদস্যু মরমচৎ হোংলক্ত্বদি মশাদা কোয়বক্বা ফিজেৎ-লৈতেংনচিংবা লৌহৌরগা নূপী অদূবু তাম্হোকখিগনি॥ ৭৭॥

চৌবর শায়বা ( জ্বাব শায়বা ), য়ু নচিংবা থক্কনবা নত্রগা মারিবা অহুগুম্বা মপুরোযববু থৌশাদ্রবী নূপী অহুদি ফিজেৎ-লৈতেং য়াওদনা থা অহুমখক থাদোক্তূনা থমগনি॥ ৭৮॥

অঙাওবা, জাৎ তাবা, ক্লীব ( নূপী শম্নবগী পাংগল লৈত্রবা ), ক্কত্তবা লায়না পকপা মপুবোয়ববু পামজবক্তবী নূপী অদূবুদি থাদোকপা নত্রগা ফিজেৎ-লৈতেং তৌহন্দবা তোরোইদবনি॥ ৭৯॥

য়ু থক্লবী, মপুরোয়বনা হায়বা ইন্দবী, ফত্তবা লায়না চেনবী তমখিবী অমদি মাঙ্হন-তাকহনবী ( শেল মাঙ্হনবী ) নূপীদি—মহাক লৈন-লৈনমক নিপানা অতোপ্পী অমা অমুক থিবা য়াই॥৮০॥

অথুংবী নূপীদি (মচা পোক্তবী) মানা থাগী লৈ শাৎপা হৌবদগীনা চহি ৮ ফাওবা, মচা পোক্লিমথৈ শিবী অহুনা চহি ১০ ফাওবা নূপীঙাক্তা পোক্লগনা চহি ১১ ফাওবা ঙাইরগা নিপানা অতোপ্পী

যা রোগিণী স্যাত্তু হিতা সম্পন্না চৈব শীলতঃ।
সানুজ্ঞাপ্যাধিবেত্তব্যা নাবমান্যা চ কর্হিচিৎ ॥ ৮২
অধিবিন্না তু যা নারী নির্গচ্ছেদ্রুষিতা গৃহাৎ।
সা সদ্যঃ সন্নিরোদ্ধব্যা ত্যাজ্যা বা কুলসন্নিধৌ। ৮৩
প্রতিষিদ্ধাপি চেদ্ যা তু মদ্যমভ্যুদয়েষ্বপি।
প্রেক্ষাসমাজং গচ্ছেদ্বা সা দণ্ড্যা কৃষ্ণলানি ষট্ ॥ ৮৪
যদি স্বাশ্চাপরাশ্চৈব বিন্দেরন্ যোষিতো দ্বিজাঃ।
তাসাং বর্ণক্রমেণ স্যাজ্জ্যৈষ্ঠ্যং পূজা চ বেশ্ম চ ॥ ৮৫
ভর্ত্তুঃ শরীরশুশ্রূষাং ধর্ম্মকার্য্যঞ্চ নৈত্যিকম্।
স্বা চৈব কুর্য্যাৎ সর্ব্বেষাং নাস্বজাতিঃ কথঞ্চন ॥ ৮৬

---

নূপী অমা অমুক থিগনি। অতুগা হান্নগী নূপী অতুনা রাঙাঙ্ ফজদবী (চীস্থীবী) ওইরবদি খূদক্তা থাদোক্লগা অমা থিগনি ॥ ৮১ ॥

মশা নাতুনতা লৈবী অতুমদি ওইরগা মপুরোয়বা নিঙ্বী, লমচৎ-শাজৎ ফজবী নূপী ওইরবদি মাগী য়াথং লৌতুনা অতোপ্পী নূপী অমা অমুক থিগনি, তৌইগুম্বসুং কৈদৌঙৈদসু মহাকপু থৌওই-উশীত্তনা লোয়নবদি তৌরোইদবনি ॥ ৮২ ॥

শাউতুনা ময়ুম থাদোক্তূনা চৎকে তৌবী নূপী অদুবু থুনমক ফাজিন্দুনা থমগনি; নত্রগা মপানচিংবা ইমুংগী মী পূন্নমক খঙ্না ময়াম মমাঙ্দা মাবু থাদোকখিগনি ॥ ৮৩ ॥

মপুরোয়বনা তৌফদে হায়না থিংতুনসু লুহোঙ্-খোঙ্দোং-বনচিংবা কুম্মৈ-ফিয়োং মতমদা য়ু-থকপী নূপী অতুগা জগোই-ঈশৈ তৌফমদা চৎপী নূপী—অসিগুম্বী নূপীবু নিংথৌনা সনারত্তি তরুকথক জরি তৌগনি ॥ ৮৪ ॥

দ্বিজশিংনা মশাগা বর্ণ তিন্নবী অমদি তিন্নদবী নূপী অনিমক লৌবা থোক্লবদি নূপীশিং অতুগী চহিদা নহা অহল য়েংতুনা ইকাই-খুম্নগনি অমসুং অতগী মতুংইন্না ময়ুম-মকৈসু পীগনি ॥ ৮৫ ॥

মপুরোয়বগী মশা নোইবা-খোৎপা অমসুং নিত্তিগী তৌকম

যস্তু তৎ কারয়েন্মোহাৎ স্বজাত্যা স্থিতয়ান্যয়া।
যথা ব্রাহ্মণচণ্ডালঃ পূর্ব্বদৃষ্টস্তথৈব সঃ। ৮৭
উৎকৃষ্টায়াভিরূপায় বরায় সদৃশায় চ।
অপ্রাপ্তামপি তাং তস্মৈ কন্যাং দদ্যাদ্‌যথাবিধি। ৮৮
কামমা-মরণাৎ তিষ্ঠেদ্‌গৃহে কন্যার্ত্তুমত্যপি।
ন চৈবৈনাং প্রযচ্ছেৎ তু গুণহীনায় কর্হিচৎ ॥ ৮৯
ত্রীণি বর্ষাণ্যুদীক্ষেত কুমার্য্‌ৃতুমতী সতী।
ঊর্দ্ধন্তু কালাদেতস্মাদ্বিন্দেত সদৃশং পতিম্। ৯০

---

থোকপা ধর্ম্মগী থবক অপুম্বা বর্ণ তিন্নবী নুপীনা তৌগনি; জাতি তিন্নদবী নুপীনা মসি থক তৌফরোই ॥ ৮৬ ॥

জাত তিন্নবী নুপী লৈনা-লৈনা অতোপ্পা জাতিগী নূপী অদুবু থবকশিং অসি পঙ্‌থরকপদগী তৌহনবা থোক্লবদি মথক মথক্কী ঋষিশিংনা মহাক অদুবু ব্রাহ্মণীগী গর্ভদা পোকপা চণ্ডাল অহুনি হায়না খঙ্‌নরম্মী ॥ ৮৭ ॥

ঐগী ঐগী জাতিগী নত্রগা শাগৈগী হৌন লোনচৎ নিঙ্‌থিনা খঙ বা, মশক মতৌ চঙ খোনবা অমস্তুং জাতিস্তু তিন্নবা অহুগুম্বা বরবু ফংলবদি কন্যা অহুগী লুহোংবা য়াবা চহি মতাং য়ৌদ্রিবা ওইরবস্থ হৌনবী মতুংইন্না দান তৌগদবনি ॥ ৮৮ ॥

মীওই শুরক্লবস্তু (থাগী লৈ শাংলবস্তু) শিদ্রিবা ফাওবা মপামদা অহুম লৈবনা হেন্না ফৈ—মগুণ চেন্দবা নপাদদি মচানিডোলবু থক থাজরোইদবনি ॥ ৮৯ ॥

মীওই শুরবদস্তু কুমারী অমনা মগুণ চেনবা নিপা ফংদ্রবদি চহি অহুম ফাওবা ঙাইগনি, অহুগা হায়রিবা মতম অসি পাস্থোক-খ্রবদি কন্যানা মাগী লাম্বা চাজবা মপুরোয়বা অমা মথন্তনা অহুম [illegible] য়াই ॥ ৯০ ॥

অদীয়মানা ভর্ত্তারমধিগচ্ছেদ্ যদি স্বয়ম্।
নৈনঃ কিঞ্চিদবাপ্নোতি ন চ যং সাধিগচ্ছতি ॥ ৯১
অলঙ্কারং নাদদীত পিত্র্যং কন্যা স্বয়ংবরা।
মাতৃকং ভ্রাতৃদত্তং বা স্তেনঃ স্যাদ্যদি তং হরেৎ ॥ ৯২
পিত্রে ন দদ্যাচ্ছুল্কন্তু কন্যামৃতুমতীং হরন্।
স হি স্বাম্যাদতিক্রামেদৃতূনাং প্রতিরোধনাৎ ॥ ৯৩
ত্রিংশদ্বর্ষোবহেৎ কন্যাং হৃদ্যাং দ্বাদশবার্ষিকীম্।
ত্র্যষ্টবর্ষোঽষ্টবর্ষাং বা ধর্ম্মে সীদতি সত্বরঃ ॥ ৯৪
দেবদত্তাং পতির্ভার্য্যাং বিন্দতে নেচ্ছয়াত্মনঃ।
তাং সাধ্বীং বিভৃয়ান্নিত্যং দেবানাং প্রিয়মাচরন্ ॥ ৯৫

মপা মবুংনচিংবনা থা-জবা নত্তুনা নূপীনা মরম্মাই ওইনা নিপা অমদা মপুরোয়বা ওইনা লৈজখিবদা দোষ করিস্সু লৈতে ॥ ৯১ ॥

অস্সুম্না মশা মথন্তনা বরগী মশক খঞ্জবা নূপীনা মপানচিংবনা পীবা ফিজেৎ-লৈতেং অমত্তা লোরুবা য়াদে, লোরবদি মহু হুরানবগা মান্নগনি ॥ ৯২ ॥

মীওই শুরবী নূপীবু লুহোঙবগীনি হায়হুনা নিপা মপানা নূপী মপাদা মহুগীদমক শেল-থুম করিস্সু পীগদবা লৈতে। মরমদি— নূপী মপা অহুনা মচানিঙোলগী ঋতু থিংহনা মচা খিংবনা (ঋতু পালন তৌহন্দবনা মচা পোক্কদবা পোকহন্দহুনা) মচানূপী অদুবু মপুরোইবা মশক খঙহল্লকখিদে ॥ ৯৩ ॥

চহি কুন্থা শুরবা নিপানা চহি ১২ শুবী নূপী লোগনি॥ চহি ২৪ গী পাখংনা চহি ৮শুবী নূপী লুহোঙগনি।,, লুহোঙবা মতমদা নূপীগী চহিনা নিপাগী চহিগী শরুক অহুম থোকপগী শরুক অমত্তমক ওইগদবনি, মসিদগী হেনবা-রাৎপা তৌরবদি ধর্ম্মদা অমাঙবা থোকই ॥ ৯৪ ॥

নিপানা, মশানা নিঙবা নূপী থক ফংগদ্দে, লাইনা তম্মবী নূপী অমা হেক্তমক থোক্লুই। নরম অহুনা লাইনা পেন্নবিনবা

প্রজনার্থং স্ত্রিয়ঃ সৃষ্টাঃ সন্তানার্থঞ্চ মানবাঃ।
তস্মাৎ সাধারণো ধর্ম্মঃ শ্রুতৌ পত্ন্যা সহোদিতঃ ॥ ৯৬
কন্যায়াং দত্তশুল্কায়াং ম্রিয়েত যদি শুল্কদঃ।
দেবরায় প্রদাতব্যা যদি কন্যানুমন্যতে ॥ ৯৭
আদদীত ন শূদ্রোঽপি শুল্কং দুহিতরং দদৎ।
শুল্কং হি গৃহ্নন্ কুরুতে ছন্নং দুহিতৃবিক্রয়ম্ ॥ ৯৮
এতৎ তু ন পরে চক্রুর্নাপরে জাতু সাধবঃ।
যদন্যস্য প্রতিজ্ঞায় পুনরন্যস্য দীয়তে ॥ ৯৯

---

তৌহুনা অহুঙুম্বী লাইগী থৌজান্না ফংবী নূপী অদূবু হুমিং থূদিঙ্গী শেংনব-চানবা ছন্দুনা য়োকদবনি ॥ ৯৫ ॥

বিধি কৌবা লাইনা গর্ভ-পুহন্নবগীদমক নূপীবু অহুগা গর্ভ পীননবগীদমক নিপাবু শেম্বীরম্বনি। বেদনা অসুম্না হায় মহুদি—মপুরোইবনা মচা পোক্কনবা তৌবগুম তৌবা য়াবা ধর্ম্ম-কর্ম্ম পুন্নমক মাগী নূপীগা লোয়নননা তৌমিন্নগনি। মরম অহুনা নূপীবু মতম পুন্নমক্তা য়োকপি-থাকপি তৌগদবনি ॥ ৯৬ ॥

লুহোঙ্নবগীদমক্তা কনাগুম্বনা কনাগুম্বী নূপীবু শেল-থুম্নচিংবা মমল পীরম্লগা লুহোঙ্‌ড্রিঙৈদা নিপা অহু শিদোকখ্রবদি—শিখ্রিবা নিপা অহুগী মনাউনিপাদা, নূপা অদুনা য়ারবদি লুহোঙ্ বিগনি ॥ ৯৭ ॥

মচানুপীগী মমল লৌবদি অতোনবা শূদ্র ফাওবনা থক তৌরোইদবনি। নূপী মপানা অসুম্না মমল লৌরবদি মচানিঙোলবু লোনা য়োন্থোকপা হায়বহু ওই ॥ ৯৮ ॥

নিপা অমদা থাজখ্রবী মচানিঙোলবু অতোপ্পা নিপাদা অদুক দান তৌবা—থাইনবী অরন্নম্বা থক তৌরমদে, হজীকী মতমগী সাধু ওইবা মীশিংনসু থক তৌনদে ॥ ৯৯ ॥

জ্যেষ্ঠ এব তু গৃহ্ণীয়াৎ পিত্র্যং ধনমশেষতঃ।
শেষাস্তমুপজীবেয়ুর্যথৈব পিতরং তথা ॥ ১০৫
জ্যেষ্ঠেন জাতমাত্রেণ পুত্রী ভবতি মানবঃ।
পিতৄণামনৃণশ্চৈব স তস্মাৎ সর্ব্বমর্হতি ॥ ১০৬
যস্মিন্নৃণং সন্নয়তি যেন চানন্ত্যমশ্নুতে।
স এব ধর্ম্মজঃ পুত্রঃ কামজানিতরান্ বিদুঃ ॥ ১০৭
পিতেব পালয়েৎ পুত্রান্ জ্যেষ্ঠো ভ্রাতৄন্ যবীয়সঃ।
পুত্রবচ্চাপি বর্ত্তেরন্ জ্যেষ্ঠে ভ্রাতরি ধর্ম্মতঃ ॥ ১০৮
জ্যেষ্ঠঃ কুলং বর্দ্ধয়তি বিনাশয়তি বা পুনঃ।
জ্যেষ্ঠঃ পূজ্যতমো লোকে জ্যেষ্ঠঃ সদ্ভিরগর্হিতঃ ॥ ১০৯

---

য়াদে (হক লৈতে)। মপানা পায়বদি, হিংলিডৈদসু মচাগা লন থুম যেন্নথোকপা য়াই ॥ ১০৪ ॥

মনাউশিং অতৈনা ময়াম্বা অহনবু মপাগুম্না নিঙ্তুনা মথোয়গী শেৎন-চানবা অপূম্বা য়যাম্বনা হুনবা যাতুনা মখাপোম্না লৈবা য়ারবদি ময়াম্বা অহলনা মপাগী মঙল পূম্নমক্কী অধিকারী ওইবা য়াই ॥১০৫॥

মচানিপা অহল হেক পোকপদা মীওইবনা মচানিপা পোকপা হায়বত্তু ওইতুনা মপা মপুগী লম্মন তোঙ্দবা ওই—মরম অতুনা মচানিপা অহন্না মরল পূম্নমক ফংবদা মতিক চাবনি ॥ ১০৬ ॥

অতুগুম্বা মচানিপা অহল অতুনা হেক পোকপত্তদা মপানা মপা মপুগী লম্মন শিংবা ওই অতুগা মশামকসু লোইবা নাইদবা ফল ফংই। মরম অতুনা মচানিপা অহল অদুবু ধর্ম্মমক্তা পীবা মচানি হায়বা য়াই, অতৈ মচানিশিংদি কামদগী থোক্লকপা মচানি ॥ ১০৭ ॥

ময়াম্বা অহলনা মনাউশিংবু শেৎন-চানবা পীজনা মচাগুম্না য়োক্কনি অদুগা মনাউশিংনসু ময়াম্বা অহলবু ধর্ম্ম স্নেংতুনা মপাগুম ভক্তি তৌগনি ॥ ১০৮ ॥

পূম্না চাম্মিন্নরিবা ময়াম্বা অহল অতুনা ধর্ম্ম চেল্লবদি মনাউশিংসু মায়গী মতুং ইন্নুনা ধর্ম্ম চেন্নি, মরম অতুনা খুনায়গী অহলনা খাইরেবু

যো জ্যেষ্ঠো জ্যেষ্ঠবৃত্তিঃ স্যান্মাতেব স পিতেব সঃ।
অজ্যেষ্ঠবৃত্তির্যস্তু স্যাৎ স সম্পূজ্যস্তু বন্ধুবৎ ॥ ১১০
এবং সহ বসেয়ুর্বা পৃথগ্বা ধর্ম্মকাম্যয়া।
পৃথগ্বিবর্দ্ধতে ধর্ম্মস্তস্মাদ্ধর্ম্ম্যা পৃথক্ক্রিয়া ॥ ১১১
জ্যেষ্ঠস্য বিংশ উদ্ধারঃ সর্ব্বদ্রব্যাচ্চ যদ্বরম্।
ততোঽর্দ্ধং মধ্যমস্য স্যাৎ তুরীয়ন্তু যবীয়সঃ ॥ ১১২

---

চিংখৎনবা ওই, অদুগা অহল অদুনা ধর্ম্ম খঙ্দ্রবদি মনাউশিংসু মতৌ তমদুনা মথং মথং ধর্ম্ম খঙ্লক্তে—মসিদনা অহলনা শাগেগী মাঙনবা মশক ওইহল্লি। মগুন চেনবা ময়াম্বদি সংসার অসিদা থোইদোক্না পূজা তৌনফমনি—লৈবাকমচা মরক্তা মহাক অদুম্ মীনসু খক নিন্দা তৌনবা হৌনদে ॥ ১০৯ ॥

মনাউশিংগী মকাদা অহল অমা ওইবগী হৌনবী মথৌ তৌরিবা ময়াম্বা অদুদি মনাউশিংনা মমা মপাগুম্না ঈকাই খুম্নে অদুগা ময়াম্বা অদুনা চুমদবা তৌরবদি মনাউশিংনা মহাকপু মমাগা পোকমিন্নবা মামনচিংবা বাড়ী-সম্বন্ধ অমগুমনতা লুনা তৌই ॥ ১১০ ॥

মচীন্নমনাউমখৈ হায়খ্রিবা অশুম্না পুন্না চামিন থকমিন্নদুনা লৈগনি নত্রগা ধর্ম্ম হেন্না তান্ননিঙ্লগনা তোপ্পা তোপ্পা লৈনগনি, মরমদি মরন্নাই তানববদি পঞ্চমহাযজ্ঞনচিংবা ধর্ম্মগী থবক্তা হেনগৎলকই, মরম অদুনা তোঙান তোঙান চানরবদি ধর্ম্মনা য়াবা থোকই ॥১১১॥

মচা অহলনা মপাগী মরল পুন্নমক, য়েন্নরকপদা শরাক ২০ থোক্লগা শরাক অমা ফংগদবনি অদুগা থ্বায়দগী হেন্না ফবা পোৎসু মঙোন্দা পীগদবনি; মচা য়ায়মনা শরাক ৪০ থোকপগী অমা ফংগনি অদুগা অতোম্বনা শরাক ৮০ থোকপগী শরাক অমা ফংগনি। (অহলনা ৫, য়াইমনা ২½, অতোম্বনা ১¼) লেমহৌরিবা মখৈ অদুনা অমুক চপ মান্ননা ময়ামদা য়েন্থোক্লগনি ॥ ১১২ ॥

জ্যেষ্ঠস্যৈব কনিষ্ঠস্য সংহরেতাং যথোদিতম্।
যেঽন্যে জ্যেষ্ঠকনিষ্ঠাভ্যাং তেষাং স্যান্মধ্যমং ধনম্ ॥১১৩

সর্ব্বেষাং ধনজাতানামাদদীতাগ্র্যমগ্রজঃ।
যচ্চ সাতিশয়ং কিঞ্চিদ্দশতশ্চাপ্নুয়াদ্বরম্ ॥ ১১৪

উদ্ধারো ন দশস্বস্তি সম্পন্নানাং স্বকর্ম্মসু।
যৎকিঞ্চিদেব দেয়ন্তু জ্যায়সে মানবর্দ্ধনম্ ॥ ১১৫

এবং সমুদ্ধৃতোদ্ধারে সমানংশান্ প্রকল্পয়েৎ।
উদ্ধারেঽনুদ্ধৃতে তেষামিয়ং স্যাদংশকল্পনা ॥ ১১৬

একাধিকং হরেজ্জ্যেষ্ঠঃ পুত্রোঽধ্যর্দ্ধং ততোঽনুজঃ।
অংশমংশং যবীয়াংস ইতি ধর্ম্মো ব্যবস্থিতঃ ॥ ১১৭

---

ময়াম্বা অহলগা মনাউ অতোম্বগা অনিগী শরাক্তি মথক্তা হায়রিবা অস্নুম্না তৌরগা মরক্কী মচীম্মনাউশিং অতৈদি চপ মান্নন। শরাক ৪০ থোকপগী শরাক অমমম মান্নন। ফংগনি ॥ ১১৩ ॥

ময়াম্বা অহল মথন্তুনা মগুণ চেল্লগা মনাউ অতৈনা মগুণ চেন্নবা ওইরবদি পোৎ-চৈ পুম্নমক্কী মহুংদা থ্বায়দগী হেনবা হেনবা পোৎ মথৈগা লোয়মনা অনিগুদনা লৈবা অকবা পোৎ অহুসু অহুগা যণবী ১০গী মহুংদা থ্বায়দগী হেন্না মথোম থোকপী অহুসু অহন-তনা ফংগনি ॥ ১১৪ ॥

মচীম্মনাউ পুম্নমক্না মহৈ-মশিন তম্বনচিংবা চপ মান্নন। তৌনহুনা মান্নবা গুণ চেন্নরবদি মথক্তা হায়বগুম্না অহন্না পোৎ ১০গী মহুংদা অমা হেক্তা লৌথিবা য়াদে, অহুমদি ওইরগা অহলগী ঈকাইখুম্নবা ওইনা খরা থোইগৎনা পীবদি হৌনৈ ॥ ১১৫ ॥

অসিগুম্না ময়াম্বগী অহেনবা খরা থাইদোকপ্রবদি অরেমহু চপ মান্নন। থাইদোকপ্রগা মচীম্মনাউশিংনা য়েন্নগনি নত্রগা অস্নুম্না হায়রনা খরা থাইদোকপগী মরেম অসি নত্রবদি মপা, ময়ুম্বী শরাক পুম্নমক মথাগী অস্নুম্না য়েন্থোকপগনি ॥ ১১৬ ॥

য়েন্থোকপগী মতঙ অস্নুম্না হায়রি মহুদি—মপাগী মরক থোক-

স্বেভ্যোহংশেভ্যস্তু কন্যাভ্যঃ প্রদদ্যুর্ভ্রাতরঃ পৃথক্ ।
স্বাৎ স্বাদংশাচ্চতুর্ভাগং পতিতাঃ স্যুরদিৎসবঃ ॥ ১১৮
অজাবিকং সৈকশফং ন জাতু বিষমং ভজেৎ ।
অজাবিকন্তু বিষমং জ্যেষ্ঠস্যৈব বিধীয়তে ॥ ১১৯
যবীয়ান্ জ্যেষ্ঠভার্য্যায়াং পুত্রমুৎপাদয়েদ্ যদি ।
সমস্তত্র বিভাগঃ স্যাদিতি ধর্ম্মো ব্যবস্থিতঃ ॥ ১২০
উপসর্জ্জনং প্রধানস্য ধর্ম্মতো নোপপদ্যতে ।
পিতা প্রধানং প্রজনে তস্মাদ্ধর্ম্মেণ তং ভজেৎ ॥ ১২১

---

রকপদা মচা অহন্না শরুক অনি, য়াইমনা অমা-মথায় লৌগনি। মথং তারকপা মনাউশিংনা শরুক অমমম ফংগনি, মসিনা শাস্ত্রগী ময়েন্নি ॥ ১১৭ ॥

মপাগী মরল য়েন্নবা মতমঙ্গা ময়ুম পান্দ্রিবী মচলশিং নৈনা থোক্লবদি মখোয়গী লুহোঙ-খোঙ্দোঙ্বা হৌনবী সংস্কার তৌনবগী দমক মচীম্মনাউ থৃদিঙ্মক্তা মশা মশাগী শরুকী মরি থোকপগী অমমম থায়গৎনহুনা মখোয়দা (নিঙোলশিংদা) পোয়দনা পীগদবনি; অসিগুম্বা দান অসি তৌনিঙ্দবা মী অহুদি ধর্ম্মগী লম্বীদা নৈথা তারবনি ॥ ১১৮ ॥

হামেঙ্, য়াউ অমস্তুং শগোল্লনচিংবা শা-শিং অসিবু শরুক মান্নবা থায়দোক্তুনা য়েন্নবা য়াদবা ফিবমদা নৈবা থোক্লবদি থৌয়-দগী হেনবা শা-অহু অহন্না লৌগনি ॥ ১১৯ ॥

করিগুম্বদা মপুরোয়বগী নত্রগা গুরুগী য়াথংনা মনাউনিপা অতোম্বনা ময়াম্বা অহলগী মতৈমদা গর্ভ পীহুনা মচানিপা পোক্লবদি —অহুগুম্বা অঙাং অহুস্তু মপা পোকপা মপুগী মরল য়েন্নরকপদা মখুড়া মতোনশিংগা মান্নবা শরুক ফংগনি ॥ ১২০ ॥

অসিগুম্বা মনাউনিপা অতোম্বনা মতৈমা অহন্দা পোকপা মচা অসিনা অহলগী মচা ওইরবস্তু অহল অহুগা মান্নবা শরুক থুংবদি য়াদে। মশাগী লৌকমদা পোকপা মচাতনা অথোইবনি—অশেংবা

পুত্রঃ কনিষ্ঠো জ্যেষ্ঠায়াং কনিষ্ঠায়াঞ্চ পূর্ব্বজঃ।
কথং তত্র বিভাগঃ স্যাদিতি চেৎ সংশয়ো ভবেৎ॥ ১২২
একং বৃষভমুদ্ধারং সংহরেত স পূর্ব্বজঃ।
ততোঽপরে জ্যেষ্ঠবৃষাস্তদূনানাং স্বমাতৃতঃ॥ ১২৩
জ্যেষ্ঠস্তু জাতো জ্যেষ্ঠায়াং হরেদ্বৃষভষোড়শাঃ।
ততঃ স্বমাতৃতঃ শেষা ভজেরন্নিতি ধারণা॥ ১২৪
সদৃশস্ত্রীষু জাতানাং পুত্রাণামবিশেষতঃ।
ন মাতৃতো জ্যৈষ্ঠ্যমস্তি জন্মতো জ্যৈষ্ঠ্যমুচ্যতে॥ ১২৫

---

লৌকম চারনি, মরম অতুনা মথক্তা হায়রব্রা চপ মান্নবা য়েন্নবা হায়বনি জৌগদবনি॥ ১২১॥

নূপী অহন্দনা মচানিপা অতোম্বা পোকপা অতুগা কোন্না [illegible] নূপীদনা মচানিপা অহল পোক্লবা অতু ওইরবদি মমাগী মতুং ইন্দুনা মনাউ অতুনা ময়াম্বগী শরুক লৌগদরা ? নত্রগা অতোম্বীনা পোকপা মচানিপা অহল অতুনা অতুম্মক অহলগী মতৌ তৌগদরা ? —[illegible] চিংনকম থোকপা হায়মনি॥ ১২২॥

নূপী অহনগী মচানা অতোম্বা ওইরবসু মমানা চিংখত্তুনা অহলগী ভাব লৈবনা থ্বায়দগী হেনবা ষণ লাবা অমা থোইগৎনা ফংগনি অতুগা অতোম্বী নূপীশিংনা পোকপা মচা মথৈনা অহল ওইরবসু মমা মমাগী ইন্দুনা হস্থবা ষণ লাবা অমমম ফংনগনি, বচন অসিনা মমানা অহল ওইবদগী মচাসু অহলগুম লৌগনি হায়রি॥ ১২৩॥

অতুগা নূপী অহন্দা মচা অহল পোক্লবদি অতুগুম্বা মচা অহল অতুনা ষণবী ১৫ গা ষণ লাবা অমগা ফংগনি ; মমা অতৌগী মচা-শিংনা মমা মমাগী নহা অহল য়েংনা অরেম্বা [illegible] লৌবা, ফরবা নাইনা য়েন্নহনা লৌনগনি॥ ১২৪॥

মর্ম তিম্বমী নূপীশিংনা পোকপা মচানাউশিংগী মমাশিংগী

জন্মজ্যেষ্ঠেন চাহ্বানং সুব্রহ্মণ্যাস্বপি স্মৃতম্।
যময়োশ্চৈব গর্ভেষু জন্মতো জ্যেষ্ঠতা স্মৃতা॥ ১২৬
অপুত্রোঽনেন বিধিনা সুতাং কুর্ব্বীত পুত্রিকাম্।
যদপত্যং ভবেদস্যাং তন্মম স্যাৎ স্বধাকরম্॥ ১২৭
অনেন তু বিধানেন পুরা চক্রেঽথ পুত্রিকাঃ।
বিবৃদ্ধ্যর্থং স্ববংশস্য স্বয়ং দক্ষঃ প্রজাপতিঃ॥ ১২৮
দদৌ স দশ ধর্ম্মায় কশ্যপায় ত্রয়োদশ।
সোমায় রাজ্ঞে সৎকৃত্য প্রীতাত্মা সপ্তবিংশতিম্॥ ১২৯
যথৈবাত্মা তথা পুত্রঃ পুত্রেণ দুহিতা সমা।
তস্যামাত্মনি তিষ্ঠন্ত্যাং কথমন্যো ধনং হরেৎ॥ ১৩০

---

নহা অহল য়েংনা য়েন্নবা অসিগী মহুত্তা মশা মশাগী চহি নহা অহল য়েংনা য়েন্নগনি ॥ ১২৫ ॥

জ্যোতিষ্টোম কৌবা যজ্ঞদা য়াওরিবা ইন্দ্র আবাহন (ইন্দ্র কৌননবা) গী "সুব্রহ্মণ্য" হায়না খঙ্নবা মন্ত্র অদু ময়াম্বা অহলভনা শোনগদবনি। মচীম্মনাউ ফাইবোক্কীসু হান্না পোকপদুনা অহন্নি হায়না লৌনৈ ॥ ১২৬ ॥

মচানিপা পোক্তবা মীনা মচানুপীবু লুহোঙ্ডুনা দান তৌবা মতমদা " ইচানুপী অসিনা মচানিপা পোক্লবদি মহাক অদুনা ঐগী শ্রাদ্ধদা পিণ্ড পীগদবনি" অসুম্না হায়নদুনা নিঙোল মন্না অদুগা য়ানদুনা দান তৌবী কন্যা অদুবু "পুত্রিকা" হায়না কৌই ॥ ১২৭ ॥

দক্ষ প্রজাপতি মশামকসু মমাঙ্ৈদা মশাগী বংশ চাওখৎহন্নবগীদমক অসিগুম্না পুত্রিকা য়াম্না লৌখি ॥ ১২৮ ॥

অদুগুম্বা দক্ষ প্রজাপতি অদুনা মতুংদা 'পুত্রিকা-পুত্র' (নিঙোল মচাবু মচা ওইবা) ফংননবগীদমক মথরায় হরাউনা ভগবান ধর্ম্মদা মচানিঙোল ১০, কশ্যপতনা ১৩ অদুগা চন্দ্র-দনা ২৭ লুহোঙ্ডুনা থাজখি ॥ ১২৯ ॥

মচানিপানা মপাগী মথরায়মকা (মশামকা) মান্নবগুম মচা-

মাতুস্তু যৌতুকং যৎ স্যাৎ কুমারীভাগ এব সঃ।
দৌহিত্র এব চ হরেদপুত্রস্যাখিলং ধনম্॥ ১৩১
দৌহিত্রো হ্যখিলং রিক্থমপুত্রস্য পিতুর্হরেৎ।
স এব দদ্যাদ্দ্বৌ পিণ্ডৌ পিত্রে মাতামহায় চ॥ ১৩২
পৌত্রদৌহিত্রয়োর্লোকে ন বিশেষোঽস্তি ধর্ম্মতঃ।
তয়োর্হি মাতাপিতরৌ সম্ভূতৌ তস্য দেহতঃ॥ ১৩৩
পুত্রিকায়াং কৃতায়াং তু যদি পুত্রোঽনুজায়তে।
সমস্তত্র বিভাগঃ স্যাজ্জ্যৈষ্ঠতা নাস্তি হি স্ত্রিয়াঃ॥ ১৩৪

---

নিঙোলসু মচানিপাগা মান্নে; মরম অহুনা মপাগী মথল্লায়মক্কা মান্নবী মচানিঙোল লৈরিবঁদবু ইনাকখুনবা নিপা অমনা শিরবদা মাগী মরল-মথুম অহু অতোপ্পা কনানা লৌফম থোকপগে? ॥১৩০॥

মমাগী মরলদি ময়ুম পান্দ্রিবী মচানিঙোলনা ফংফম থোকই অহুগা মচানিপা পোক্তবা মীগী মরল পূন্নমক্কা নিঙোল মচা (নিপা) না ফংফম থোকই ॥ ১৩১ ॥

মচানিপা পোক্তবা মমা-পোকপা-মপুগী মরলদি পুত্রিকা মচানা ফংগনি অহুগা মচানিঙোলনা পোকপা মশূনিপানা মমা পোকপা মপু অমদি অপোকপা মপা—অনিমক্কী পিণ্ডদান তৌগনি ॥ ১৩২ ॥

মীরমলেন অসিদা মচানিপানা পোকপা মশূনিপাগা মচা-নিঙোলনা পোকপা মশূনিপাগা অনিমক ধর্ম্মগী লমদদি খেন্নবা করিসু লৈতে চপ মান্নে; মরম্মদি— অনিমক অসিগী মপা-মমা হায়বদি পিবা মচাগী মপা, নিঙোল মচাগীনা মমা অনিমক অসি মী অহুগী মশাদগী থোকখিবা ওাক্তনি ॥ ১৩৩ ॥

মথক্তা হায়রিবা পুত্রিকা অসি লৌরবা মতুংদা কনাগুম্বনা মচানিপা পোক্লকপা থোক্লবদি মচানিপাসু নুপী অহুসু অনিমক শরুক চপ মান্ননা ফংনগনি মরমদি— নুপীগীদি পোৎ য়েন্নরকপদা চহি অহল ওইরুবগী থোইদোকপা হেন্না পীফম লৈতে ॥ ১৩৪ ॥

অপুত্রায়াং মৃতায়ান্তু পুত্রিকায়াং কথঞ্চন।
ধনং তৎপুত্রিকাভর্ত্তা হরেতৈবাবিচারয়ন্॥ ১৩৫
অকৃতা বা কৃতা বাপি যং বিন্দেৎ সদৃশাৎ সুতম্।
পৌত্রী মাতামহস্তেন দদ্যাৎ পিণ্ডং হরেদ্ধনম্॥ ১৩৬
পুত্রেণ লোকান্ জয়তি পৌত্রেনানন্ত্যমশ্নুতে।
অথ পুত্রস্য পৌত্রেণ ব্রধ্নস্যাপ্নোতি বিষ্টপম্॥ ১৩৭
পুন্নাম্নো নরকাদ্ যস্মাৎ ত্রায়তে পিতরং সুতঃ।
তস্মাৎ পুত্র ইতি প্রোক্তঃ স্বয়মেব স্বয়ম্ভুবা॥ ১৩৮

অসিগুম্বী পুত্রিকা অসিনা মচানিপা পোক্তনা ( পোক্লমদনা ) শিখ্রবদি মানা ফংফম থোকপা মরল পুন্নমক মাগী মপুরোয়বনা ফংগনি ॥ ১৩৫ ॥

পুত্রিকা ওইববসু ওইত্রবসু অতুগুম্বী নুপীশিং অতুদা জাতি তিন্নবা মপুবোযবনা পোক্লকপা মচানিপানা মমা-পোকপা-মপুগী মচানিপানা পোকপা পিবা মশূগা অন্ধানি, মবম অতুনা নিঙোল মচা অতুনা ( মশূ ) পিণ্ড পীবগী থবক তৌরগা মমা পোকপা মপুগী মরল ফংগনি ॥ ১৩৬ ॥

মীওইবনা মচানিপানচিংবা পোকপগী মপান্না স্বর্গনচিংবা লোক পুন্নমক ফংনৈ ; মচানিপানা পোকপা মশূনিপানা অতুগুম্বা স্বর্গনচিংবা লোকশিং অতুদা মতম শাংনা লৈবা ফংহল্লি অতুগা মশূ শূথাঙ্না সূর্য্যলোক ফংহল্লি। দাযভাগকী মতাং অসিদা মচা-নিপানচিংবগী থাগৎপা রাহৈ হায়রিবসিগী মরমদি—মপাগী মরলদি মাগী ( মপা ) নুপীনচিংবী লৈহনসু মচানিপাগী ওই, মচানিপা লৈত্রগা মচানিপাগী মচাগী ওই। অসুম তৌহনা নিপা ওইবা মচা মশূশিংগী অধিকার ওই ॥ ১৩৭ ॥

মচানিপানা মপাবু “পুং” হায়বা নরক অতুদগী কনবি হায়্দুনা ব্রহ্মামক্না মহাকপু ‘পুত্র’ হায়না থোল্লবনি ॥ ১৩৮ ॥

পৌত্রদৌহিত্রয়োর্লোকে বিশেষো নোপপদ্যতে।
দৌহিত্রোঽপি হ্যমুত্রৈনং সন্তারয়তি পৌত্রবৎ ॥ ১৩৯
মাতুঃ প্রথমতঃ পিণ্ডং নির্ব্বপেৎ পুত্রিকাসুতঃ।
দ্বিতীয়ন্তু পিতুস্তস্যাস্তৃতীয়ং তৎপিতুঃ পিতুঃ ॥ ১৪০
উপপন্নো গুণৈঃ সর্ব্বৈঃ পুত্রো যস্য তু দত্রিমঃ।
স হরেতৈব তদ্রিক্থং সম্প্রাপ্তোঽপ্যন্যগোত্রতঃ ॥ ১৪১
গোত্ররিক্থে জনয়িতুর্ন হরেদ্দত্রিমঃ ক্বচিৎ।
গোত্ররিক্থানুগঃ পিণ্ডো ব্যপৈতি দদতঃ স্বধা ॥ ১৪২

---

সংসার অসিদা, পিবা মচাগা নিঙোল মচাগা ( মশু মশেল ) খ্বাৎপা হেনবা উবা লৈতে, মরমদি লাইরমলেনদা নিঙোল মচানসু পিবা মচাগুম্না মমা পোকপা মপুবু লানবিরুই ॥ ১৩৯ ॥

পুত্রিকানা পোকপা মচানিপানা অহানবদা মমাগী পিণ্ড পীগনি, মথংদা মমা-পোকপা-মপুগী পীগনি, অহুগীসু মথংদনা মমা পোকপা-মপুবু-পোকপা-মবুধৌ অহুগী পীগনি ॥ ১৪০ ॥

পোষ্যপুত্র লৌরবা মতুংদা মশাগী ঔরসমক্কী মচা পোক্লকপা থোক্লবদি অহুগা পোষ্যপুত্র অহুনা মগুণ চেনবা ওইরবদি পোষ্যপুত্র অহুনা অশেংবা মচা অহুগী শরাক তরাক থোকপগী শরাক অমা ফংগনি। মসিদগী খঙ্‌লে মহুদি—পোষ্যপুত্র অহনা মগুণ চেন্দবা অমা ওইরবদি অশেংবা মচা লৈরক্লবদদি মহাক্না খক লনগী মপু ওইবা য়াদে ॥ ১৪১ ॥

পোষ্যপুত্র ওইনা লৌখ্রবা মচানা অপোকপা মপাগী গোত্র অমদি মরল-মথুম অনিমক ফংবা য়াদে। কনাগুম্বনা কনাগুম্বগী পিণ্ড পীবা য়াবা হক লৈরবদি মহাক্না মী অহুগী গোত্রদা তিন্দুনা মরলসু অহুম্মক ফংগনি। অহুগা অতোপ্পদা পোষ্য ওইখিনবা পীথোরক্লিবা মী অহুগী শ্রাদ্ধনচিংবা থবক্তদি পোষ্য ওইনা লৌখ্রবা মচা অহুগী কয়িগুম্বা অধিকার অমত্তা লৈদ্রে ॥ ১৪২ ॥

অনিযুক্তাসুতশ্চৈব পুত্রিণ্যাপ্তশ্চ দেবরাৎ।
উভৌ তৌ নার্হতো ভাগং জারজাতককামজৌ ॥ ১৪৩
নিযুক্তায়ামপি পুমান্ নার্য্যাং জাতোঽবিধানতঃ।
নৈবার্হঃ পৈতৃকং রিকৃথং পতিতোৎপাদিতো হি সঃ ॥১৪৪
হরেৎ তত্র নিযুক্তায়াং জাতঃ পুত্রো যথৌরসঃ।
ক্ষেত্রিকস্য তু তদ্বীজং ধর্ম্মতঃ প্রসবশ্চ সঃ ॥ ১৪৫
ধনং যো বিভৃয়াদ্ ভ্রাতুর্ম্মৃতস্য স্ত্রিয়মেব চ।
সোঽপত্যং ভ্রাতুরুৎপাদ্য দদ্যাৎ তস্যৈব তদ্ধনম্ ॥ ১৪৬

---

গুরুজনশিংগী য়াথং নত্তনা কনাগুম্বী নূপীনা অতোপ্পা নিপাবু মচা পীহল্লবদি নত্রগা মাগী মচাস্তু নৈরিঙৈদা মনাউনিপাদগী মচা অমুক্কা পোকশিল্লক্লবদি—অতুগুম্বা অঙাং মখল অনিমক অদুহু ‘জারজ’ ( মরূম্বী মচা নত্রগা লান্নবা মচা ) হায়না কৌই অমস্তুং কামগী রাথল থিংবা ঙমদবতনা পোক্লকপা মচা ওইবনা মখোয় অহুনা মপাগী মরল অমত্তস্তু ফংবা য়াদে ॥ ১৪৩ ॥

গুরুজনগী য়াথং ফংলবমকস্তু কনাগুম্বী নূপীনা খি তৈবা, মা ঙাঙ্‌দবনচিংবা নিয়ম অহু ঙাক্তনা মচা পীহল্লবদি মহুদা পোক্লকপা মচা অহুস্তু পতিত ওইবা মীনা পোকপনি হায়হুনা মপাগী মরল ফংবা য়াদে ॥ ১৪২ ॥

অহুগা গুরুনচিংবগী য়াথংনা কনাগুম্বী নূপীনা হৌনবী কায়দনা থূনবা মচানিপা অহুদি অশেংবা মচামক্কা মান্ননা মপাগী মরল ফংগনি, মরমদি—হুল্লম্লিবা মরূ অহু লৌপুগী শরূক ওইখ্রে অহুগা অঙাং অহুমকস্তু ধর্ম্ম কায়দনা পোকখিবনি ॥ ১৪৫ ॥

মচানিপা পোক্তবা কনাগুম্বা নিপানা মাগী নূপী হন্দোক্লমহুনা শিগ্রবদা, লুগ্রাবী অহুনা মাগী মরল অহু ঙাকচবা ঙমত্রবদি অহুগা মহু মনাউনিপা অতোম্বনা ঙাকপিরগা মতৈমবু য়োকপিরবদি মনাউ-নিপা অতোম্বা.অহুনা মতৈমা অহল অহুদা মচানিপা পোক্লগা মরাম্বা অহলগী মরল পূম্নমক অঙাং অহুদা পীগনি ॥ ১৪৬ ॥

যা নিযুক্তান্যতঃ পুত্রং দেবরাদ্বাপ্যবাপ্নুয়াৎ ।
তং কামজমরিক্থীয়ং বৃথোৎপন্নং প্রচক্ষতে ॥ ১৪৭
এতদ্বিধানং বিজ্ঞেয়ং বিভাগস্যৈকযোনিষু ।
বহ্বীষু চৈব জাতানাং নানাস্ত্রীষু নিবোধত ॥ ১৪৮
ব্রাহ্মণস্যানুপূর্ব্ব্যেণ চতস্রস্তু যদি স্ত্রিয়ঃ ।
তাসাং পুত্রেষু জাতেষু বিভাগেঽয়ং বিধিঃ স্মৃতঃ ॥ ১৪৯
কীনাশো গোবৃষো যানমলঙ্কারশ্চ বেশ্ম চ ।
বিপ্রস্যৌদ্ধারিকং দেয়মেকাংশশ্চ প্রধানতঃ ॥ ১৫০

---

গুরুনচিংবনা য়াথং পীরবী কনাগুম্বী নূপীনা মনাউনিপা নত্রগা অতোপ্পা কনাগুম্বা নিপা অমগা তিন্নতুনা মপূক য়ারকপা ঙমদবদগী পোক্লকপা অহেনবা মচা অত্তুদি কামদগী পোকপা ওইবনা মপাগী ময়ল ফংবা য়াদে ॥ ১৪৭ ॥

জাত তিন্নবী নূপীদা পোকপা মচাশিংগী লন-থুম য়েন্নবা মওঙ অহু হায়রবসিনি, হুজীক্তি—নিপা অমত্তনা বর্ণ তিন্নদবী নূপী ময়ামদা পোকপা মচাশিংনা করম য়েন্নগদগে হায়বহু হায়রক্নে তাবিয়ু ॥ ১৪৮ ॥

ব্রাহ্মণনা—ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য অমসুং শূদ্র—বর্ণ মরিমক অসিগী নিঙোল লৌতুনা নূপীশিং অতুনা ঙন্না মচা পোক্লরবদি মচাশিং অতুনা লন-থুম য়েন্নবগী মওঙ অহু মথংগী শ্লোক তা হায়-রক্লি ॥ ১৪৯ ॥

লন-থুম য়েন্নত্রিঙৈগী মমাঙদা ব্রাহ্মণ নূপীনা পোকপা মচা অদুবু লৌ-উবা মী অমা, ষণ লাবা অমা, তোংলবা দোলাইনচিংবা অমা, লৈতেং অমা, য়ুম অমা ( লৈনবা ) অহুগা অত্তোপ্পা লনগী অথোইবা শরুক অমা থোইগৎনা পীগনি, অরেম্বা পোৎশিং অতুনা মথাগী অসুম্না য়েম্বোকনি ॥ ১৫০ ॥

ত্র্যংশং দায়াদ্ধরেদ্বিপ্রো দ্বাবংশৌ ক্ষত্রিয়াসুতঃ।
বৈশ্যাজঃ সার্দ্ধমেবাংশমংশং শূদ্রাসুতো হরেৎ ॥ ১৫১
সর্ব্বং বা রিক্থজাতং তদ্দশধা পরিকল্প্য চ।
ধর্ম্ম্যং বিভাগং কুর্ব্বীত বিধিনানেন ধর্ম্মবিৎ ॥ ১৫২
চতুরোঽংশান্ হরেদ্বিপ্রস্ত্রীনংশান্ ক্ষত্রিয়াসুতঃ।
বৈশ্যাপুত্রো হরেদ্দ্ব্যংশমংশং শূদ্রাসুতো হরেৎ ॥ ১৫৩
যদ্যপি স্যাত্তু সৎপুত্রো হ্যসৎপুত্রোঽপি বা ভবেৎ।
নাধিকং দশমাদ্দদ্যাচ্ছূদ্রাপুত্রায় ধর্ম্মতঃ॥ ১৫৪

---

ব্রহ্মণনা শরাক অহুম. ক্ষেত্রি নিঙোলনা পোকপনা শরাক অনি, বৈশ্যগী মচানা শরাক অমা মথায়, শূদ্রনা পোকপনা শরাক অমা ফংগনি। বর্ণ খুদিঙমক্কী নূপীদা মচানিপা অমমম পোকপগীদি অসুম্না য়েন্নগনি। অহুগা ব্রাহ্মণ নিঙোলগীদি মচানিপা অমা অহুগা ক্ষেত্রি নিঙোলগী মচানিপা অমা লৈবা মফমদদি লন পুম্নমক অহু মঙা থোক্লগা অহুমনা ব্রাহ্মণীগী মচানা অহুগা শরাক অনিনা ক্ষেত্রি নিঙোল মচানা ফংগনি। নিয়ম অসিগী মতুংইন্না শরাক পুম্নমক য়েনগনি ॥ ১৫১ ॥

অহু নত্রগা অথোইবা শরাক খাইদোক্তনা য়েনবা হৈবা ধর্ম্ম চেনবা মীনা লন পুম্নমকপু শরাক ১০ থোক্লগা মথাগী অসুম্না য়েম্মোক্কনি ॥ ১৫২ ॥

ব্রাহ্মণ নূপীনা পোকপনা শরাক ৪, ক্ষেত্রিনা পোকপনা অহুম, বৈশ্য নিঙোল মচানা অনি, শূদ্র নিঙোল মচানা অমা ফংগনি ॥১৫৩॥

দ্বিজাতি নিঙোলদা হায়বদি ব্রাহ্মণী, ক্ষেত্রি নিঙোল অমদি বৈশ্য নিঙোলদা মচা পোক্লবসু পোক্ত্রবসু, শূদ্র নিঙোলদা পোকপা মচাদি শরাক ১০ থোকপগী শরাক অমদগী খক হেন্না ফংলোইদবনি ॥ ১৫৪ ॥

ব্রাহ্মণক্ষত্রিয়বিশাং শূদ্রাপুত্রো ন রিক্থভাক্ ।
যদেবাস্য পিতা দদ্যাৎ তদেবাস্য ধনং ভবেৎ ॥ ১৫৫
সমবর্ণাসু যে জাতাঃ সর্ব্বে পুত্রা দ্বিজন্মনাম্ ।
উদ্ধারং জ্যায়সে দত্ত্বা ভজেরন্নিতরে সমম্ ॥ ১৫৬
শূদ্রস্য তু সবর্ণৈব নান্যা ভার্য্যা বিধীয়তে ।
তস্যা জাতাঃ সমাংশাঃ স্যুর্যদি পুত্রশতং ভবেৎ ॥ ১৫৭
পুত্রান্ দ্বাদশ যানাহ নৃণাং স্বায়ম্ভুবো মনুঃ ।
তেষাং ষড় বন্ধুদায়াদাঃ ষড়দায়াদবান্ধবাঃ ॥ ১৫৮

---

ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি অমসুং শূদ্রনা লুহোঙ্দবী শূদ্র নিঙোলদা পোকপা মচানিপাদি লনগী শরূক থুংলোই। মপানা পীনিঙ্‌হুনা পীবিবা অতুতনা মাগী শরূক্নি ॥ ১৫৫ ॥

ব্রাহ্মণনচিংবা দ্বিজাতিশিংগী বর্ণ তিন্নবী নূপীদা পোকপা মচা-শিংগী খ্বায়গী অহল অদুবু অথোইবা শরূক পীখ্রগা অরেম্বহুনা অহল অহুনচিংবা মচীন্মনাউ পুন্নমক্না চপ মান্ননা য়েন্নহুনা অমুক লৌনগদবনি ॥ ১৫৬ ॥

শূদ্রগীদি জাত তিন্নবী নূপী অমত্তমক লৈগনি, অতোপ্পা জাতি নিঙোল লোবা য়াদে—মরম অতুনা মাগা জাত তিন্নবী নূপীদা মচানিপা ১০০ পোক্লবসু মচা পুন্নমক্না মপাগী মরল অহু চপ মান্ননা য়েন্নগনি ; মচা অহলনা অথোইবা ফংবগী রা লৈতে ॥ ১৫৭ ॥

স্বায়ম্ভুব মনুনা হায়রম্বা মচানিপা মথল ১২ গী মনুংদা অহানবা মথল হায়বদি ঔরস ( মশাগী ঈনা পোকচবা ), ক্ষেত্রজ ( মীনা মরা হল্লবসু মাগী লৌফমদা পোকপা মচা ), পোষ্যপুত্র ( মচা পোক্তহুনা মীগী মচাবু মচা ওইনা য়োকপা ), কৃত্রিমপুত্র ( লন-থুমগী অপাম্বা উতুনা মচা ওইনা য়োকপা অতোপ্পগী মচা), গূঢ়পুত্র জাতি তিঅম্বা মনক.খঙ্দবা নিপানা মশাগী নূপীদা লোম্না ল্যাম্নহুনা পোকপা মচা অমদি অপবিদ্ধ—( মপা মমা অনিমক্না হন্দোক্লম্লবা মচা, থুম্বুন্দ

ঔরসঃ ক্ষেত্রজশ্চৈব দত্তঃ কৃত্রিম এব চ।
গূঢ়োৎপন্নোঽপবিদ্ধশ্চ দায়াদা বান্ধবাশ্চ ষট্ ॥ ১৫৯
কানীনশ্চ সহোঢ়শ্চ ক্রীতঃ পৌনর্ভবস্তথা।
স্বয়ংদত্তশ্চ শৌদ্রশ্চ ষড়দায়াদবান্ধবাঃ ॥ ১৬০

---

য়োকপা )—মখোয় অসিদি শাগৈ ওইবা অমসুং গোত্রদায়নচিংবা ওইবা হায়বদি মচা ওইরবনা মপাগুম্না সপিণ্ড সমানোদক ( মীরোল ৭।৭ অমসুং মীরোল ১৪।১৪ গী মতুংদা লৈবা শাগৈ-নাতৈন-চিংবা ) শিংগী পিণ্ড পীগনি, তর্পণ তৌগনি অদুগা অদুগুম্বা সগোত্র-শিং অদুগী মরল-মথুমসু ফংগনি। অদুগা অতোপ্পা মচা ৬ হায়বদি কানীন ( নূপীনা মযুম পান্দ্রিঙৈদা কন্যা ওইরিঙৈদা পোকপা মচা-নিপা ), সহোঢ় ( লুহোঙ্বা মতমদা গর্ভ লৈরক্লগা মরা মযুমদা পোক্লবা মচা ), ক্রীত ( মমল পীদুনা লৈরগা মচা ওইনা য়োকপা মচা ), পৌনর্ভব ( তূমন মচা ), স্বয়ংদত্ত ( মপা মমা লৈখিদ্রবদা অতোপ্পা অমগী মচা ওইজগে হায়জদুনা লৈরবা মচা ) অমসুং শূদ্রা-পুত্র (ব্রাহ্মণনচিংবা অথোইবা বর্ণনা শূদ্র নিঙোল লৌদুনা পোকপা মচা)—মখোয় অসিসু শাগৈনিদি হায়রগা অদুগা শাগৈগী হৌনবী সপিণ্ড অমসুং সমানোদকশিংগী পিণ্ড পীবা অমদি তর্পণনচিংবা তৌবগী অধিকারদি ( হক্ ) লৈরগা গোত্র তিন্নবা অমদি তিন্নদব-শিংগী মরল মথুমদি ফংলুবা য়াদে ॥ ১৫৮ ॥

ঔরস, দত্তক ( পোষ্যপুত্র ), কৃত্রিম, গূঢ়, অপবিদ্ধ—মচা মখল তরুক অসিনা গোত্রদায়াদ ( লন-থুমগী উত্তরাধিকারী ) নি অমদি শাগৈনি ॥ ১৫৯ ॥

কানীন, সহোঢ়, ক্রীত, পৌনর্ভব, স্বয়ংদত্ত অমসুং শূদ্রগী মচা—মচা মখল ৬ অসিনা শাগৈনি হায়বতনি, লন-থুম ফংবদি য়াদে হায়বদি শ্রাদ্ধদা পিণ্ড পীবনচিংবা য়াবতনি, অতৈদি নত্তে ॥ ১৬০ ॥

যাদৃশং ফলমাপ্নোতি কুপ্লবৈঃ সন্তরন্ জলম্।
তাদৃশং ফলমাপ্নোতি কুপুত্রৈঃ সন্তরংস্তমঃ॥ ১৬১
যদ্যেকরিক্থিনৌ স্যাতামৌরসক্ষেত্রজৌ সুতৌ।
যস্য যৎ পৈতৃকং রিক্থং স তদ্ গৃহ্ণীত নেতরঃ॥ ১৬২
এক এবৌরসঃ পুত্রঃ পিত্র্যস্য বসুনঃ প্রভুঃ।
শেষাণামানৃশংস্যার্থং প্রদদ্যাত্তু প্রজীবনম্॥ ১৬৩
ষষ্ঠন্তু ক্ষেত্রজস্যাংশং প্রদদ্যাৎ পৈতৃকাদ্ধনাৎ।
ঔরসো বিভজন্ দায়ং পিত্র্যং পঞ্চমমেব বা॥ ১৬৪
ঔরসক্ষেত্রজৌ পুত্রৌ পিত্র্যরিক্থস্য ভাগিনৌ।
দশাপরে তু ক্রমশো গোত্ররিক্থাংশভাগিনঃ॥ ১৬৫

---

নাপীনা পোঙ্ শারগা ঈশিং লানবদা ওইফম থোকপা ফিবম অতুগুম্না পুং হায়বা নরককী অমম্বা মপৈস্নু ক্ষেত্রজ ( অতোপ্পনা ঐগী লৌকমদা মরূ হুল্লবা মচা ) নচিংবা মচাবু লাম্থোকহনগনি হায়না থক থল্লুবা য়াদে॥ ১৬১॥

নিপা অমগী ক্ষেত্রজ মচাস্নু অমদি মশাগী ঈ অশেংবা মচাস্নু অনিমক লৈবা থোক্লবদি অতুগুম্বা মচা অনি অতুনা মাগী মাগী মপা-গী ( মপা মপাগী ) মরল অতুম্মক ফংনজগদবনি॥ ১৬২॥

অশেংবা ঈ-মচাতনা মপাগী মরল ফংগদবনি। অতুমদি ওই-রগা চুংশিহৈতবা উত্তনবগীদমক অতোপ্পা মচাশিংবুস্নু শেৎন-চানবদি পীফম থোকই॥ ১৬৩॥

মপাগী মরল য়েন্নবা মতমদা ঈ-মচা অশেংবতুনা ( ঔরস পুত্র ) লৌফম মচা ( ক্ষেত্রজ পুত্র ) অদুবুস্নু মাগী শরূক্কী ৬ থোকপগী মত্রগা মঙা থোকপগী শরূক অমদি খাইবীগদবনি। মসিদি অরূম-অয়াং য়েংতুনা ব্যবস্থা তৌগনি হায়বনি। ক্ষেত্রজগী অপোকপা ( মরূ হুনবা ) মপা অতুগীস্নু মশাগী ঔরস পুত্র লৈরম্বা থোক্লবদি হায়রিবা নিয়ম অসি অস্নুম্মক চংকনি॥ ১৬৪॥

ঔরস অমস্নুং ক্ষেত্রজ - মচা মথল অনিমক্তা মথক্তা হায়রিবা

স্বে ক্ষেত্রে সংস্কৃতায়ান্তু স্বয়মুৎপাদয়েদ্ধি যম্ ।
তমৌরসং বিজানীয়াৎ পুত্রং প্রথমকল্পিতম্ ॥ ১৬৬
যস্তল্পজঃ প্রমীতস্য ক্লীবস্য ব্যাধিতস্য বা ।
স্বধর্ম্মেণ নিযুক্তায়াং স পুত্রঃ ক্ষেত্রজঃ স্মৃতঃ ॥ ১৬৭
মাতা পিতা বা দদ্যাতাং যমদ্ভিঃ পুত্রমাপদি ।
সদৃশং প্রীতি সংযুক্তং স জ্ঞেয়ো দত্রিমঃ সুতঃ ॥ ১৬৮
সদৃশন্তু প্রকুর্য্যাদ্ যং গুণদোষবিচক্ষণম্ ।
পুত্রং পুত্রগুণৈর্যুক্তং স বিজ্ঞেয়শ্চ কৃত্রিমঃ ॥ ১৬৯

---

মওঙ্ অসিদা মপাগী মরল ফংনগনি ; পোষ্যপুত্রনচিংবা সগোত্র ওইবা অতৈ মচা মখল ১০ অতুদি মথক মথক্তা লৈবা মচাশিং ( মথং মনাউ লেংলিবসিগী ) অতু লৈখিত্রবদা মথং মথংনা অমুম লন ফংনগনি ॥ ১৬৫ ॥

১ । ঔরসপুত্র—হৌনবী মতুংইন্না লুহোঙ্্লনা শেংনা লৌত্নুনা হকপান্নবী নুপীদা মশাগী ঈ-না পোকপা মচানিপা অদুবু 'ঔরসপুত্র' হায়না কৌই—অমসুং মসিনা মচা পুম্নমক্কীসু মকোকনি ॥ ১৬৬ ॥

২ । ক্ষেত্রজপুত্র—মচা পোক্তনা শিখ্রবা, ক্লীব ওইরবা ( য়েল য়াওদ্রবা ) অমদি লায়থুং থুংলবা ( নাত্নুনা শোল্লবা ) মীগী ধর্ম্ম কায়জদবী নুপীদা ধারা য়াবগী হৌনবী কায়দনা, গুরুজনগী য়াথংনা মনাউ নিপানচিংবব মচা পীহন্দুনা পোকপা অতুগুম্বা মচাবু 'ক্ষেত্রজ' ( অশেংবা লৌকম মচা ) কৌই ॥ ১৬৭ ॥

৩ । দত্তকপুত্র—চাক্তাঙ্বনচিংবা থোক্তুনা খুদোং থীরবদা নত্রগা কনাগুম্বগী মচা লৈজদবগী অরাবা উরবদা মমা মপানা মথরায় পেন্না ঈশিং পায়তুনা হৌনবী মতুংইন্না অতোপ্পদা দান তৌতুনা পীথোরক্লবা বর্ণ তিন্নবা অতুগুম্বা মচা অদুবু "দত্রিম" নত্রগা "দত্তক" ( পোষ্যপুত্র ) হায়না কৌই ॥ ১৬৮ ॥

৪ । কৃত্রিমপুত্র—অফ-ফত্ত মগুণ খঙ্বা ঙম্নবা, মচা ওইবগী য়াবগী গুণ চেনবা অমদি জাতি অমত্তগী মীওইসু ওইবা অতুগুম্বা

উৎপদ্যতে গৃহে যস্য ন চ জ্ঞায়েত কস্য সঃ।
স গৃহে গূঢ় উৎপন্নস্তস্য স্যাদ্‌যস্য তল্পজঃ।। ১৭০
মাতাপিতৃভ্যামুৎসৃষ্টং তয়োরন্যতরেণ বা।
যং পুত্রং পরিগৃহ্ণীয়াদপবিদ্ধঃ স উচ্যতে।। ১৭১
পিতৃবেশ্মনি কন্যা তু যং পুত্রং জনয়েদ্রহঃ।
তং কানীনং বদেন্নাম্না বোঢ়ুঃ কন্যাসমুদ্ভবম্‌।। ১৭২
যা গর্ভিণী সংস্ক্রিয়তে জ্ঞাতাজ্ঞাতাপি বা সতী।
বোঢ়ুঃ স গর্ভো ভবতি সহোঢ় ইতি চোচ্যতে।। ১৭৩
ক্রীণীয়াদ্‌ যস্ত্বপত্যার্থং মাতাপিত্রোর্যমন্তিকাৎ।
স ক্রীতকঃ সুতস্তস্য সদৃশোঽসদৃশোঽপি বা।। ১৭৪

---

অঙাংবু মচা ওইনা লৌহুনা য়োক্লবদি মহাক অদুবু "কৃত্রিম-পুত্র" হায়না কৌই ॥ ১৬৯ ॥

৫। গূঢ়পুত্র—জাতিদি মান্নবা মশক খঙ দবা নিপানা মশাগী নুপীদা লোন্না হুল্লান্দুনা পোকলম্বা মচাবু "গূঢ়পুত্র" হায়না কৌই ॥ ১৭০ ॥

৬। অপবিদ্ধপুত্র—মপা মমা অনিমক্না নত্রগা কনাগুম্বা অমনা হুন্দোক্লম্বদগী খৃন্দুনা মচা ওইনা য়োক্লবদি অঙাং অদুবু 'অপ-বিদ্ধ-পুত্র' হায়না কৌই ॥ ১৭১ ॥

৭। কানীনপুত্র—মপামদা লৈশানা লৈরিঙৈদা ( কন্যা ওইরিঙৈদা ) লোন্না বর্ণ তিন্নবা নিপা তিন্নহুনা পোকপা মচা অদুদি, নুপী অদুবু লুহোঙ্‌হুনা লৌরিবা নিপা অহুনা মচা ওইনা লৌশিল্লবদি অঙাং অহু নিপা অহুগী 'কানীন-পুত্র' হায়না কৌই ॥ ১৭২ ॥

৮। সহোঢ়পুত্র—মশানা মীরোল্লে হায়বা খঙ্‌না খঙ্‌না নত্রগা খঙ্‌দনা মীরোন মীরোন্না ( গর্ভ লৈনা লৈনা ) লুহোঙ্‌লক্লগা পোক্লবা মচানিপা অদুবু নুপী অহুগী 'সহোঢ়পুত্র' হায়না কৌই ॥ ১৭৩ ॥

৯। ক্রীতকপুত্র—শেল পীহুনা মমা মপাদগী লৈরক্লগা মচা,

যা পত্যা বা পরিত্যক্তা বিধবা বা স্বয়েচ্ছয়া।
উৎপাদয়েৎ পুনর্ভূত্বা স পৌনর্ভব উচ্যতে॥ ১৭৫
সা চেদক্ষতযোনিঃ স্যাদ্গতপ্রত্যাগতাপি বা।
পৌনর্ভবেণ ভর্ত্রা সা পুনঃ সংস্কারমর্হতি॥ ১৭৬
মাতাপিতৃবিহীনো যস্ত্যক্তো বা স্যাদকারণাৎ।
আত্মানং স্পর্শয়েদ্‌যস্মৈ স্বয়ংদত্তস্তু স স্মৃতঃ॥ ১৭৭
যং ব্রাহ্মণস্তু শূদ্রায়াং কামাদুৎপাদয়েৎ সুতম্।
স পারয়ন্নেব শবস্তস্মাৎ পারশবঃ স্মৃতঃ॥ ১৭৮

---

ওইনা য়োক্লবা অতুগুম্বা মচা অদূবু ( বর্ণ তিন্নরবসু তিন্নদ্রবসু ) 'ক্রীতকপুত্র'' হায়না কৌই॥ ১৭৪॥

১০। পৌনর্ভবপুত্র—মপুরোয়বনা খাইনরবী নত্রগা লুখ্রা ওইরবী নূপীনা মশানা য়ানা অতোপ্পা নিপাদা অমুক ওঙ্‌তুনা মহুদা পোক্লুবা মচা অদূবুনা মপা অতুগী 'পৌনর্ভব-পুত্র' হায়না খঙ্‌নৈ॥ ১৭৫॥

মথক্তা হায়রিবা অসিগুম্বী নূপীনা অক্ষত যোনি ওইনা হায়বদি নিপাগা-হকপান্নবদা-মতিকচাবী অমা ওইনা হান্নগী মপুরোয়বগী মনাক্তা অমুক হল্লক্লবদি মহাকপু হৌনবী সংস্কার তৌতুনা মশা শেংদোকপিরগা অমুক হন্না লৌশিনবীগনি॥ ১৭৬॥

স্বয়ং-দত্তক-পুত্র—মপা মমা লৈজদ্রবা নত্রগা মরম চাদনা মখোয়না থাদোকপিরক্লবা কনা লৈজদ্রনা মচানা মশাবু অতোপ্পগী মচা ওইনা কখোকচরবদি অঙাং অদু য়োকপিরিবা মী অতুগী 'স্বয়ং-দত্তপুত্র' হায়বত্ ওইরে॥ ১৭৭॥

পারশবপুত্র—কামগী মখা পোন্দুনা হায়বদি অপাম মিহৌ-দগী কনাগুম্বা ব্রাহ্মণনা শূদ্র নূপীদা মচানিপা পোক্লুবা থোক্লবদি অঙাং অদুনা শ্রাদ্ধনচিংবা শোনবা ঙম্বা ওইদুনসু মাগী অধিকার লৈত্তবদগী মাবু 'পারশব' হায়না খঙ নৈ॥ ১৭৮॥

দাস্যাং বা দাসদাস্যাং বা যঃ শূদ্রস্য সুতো ভবেৎ।
সোঽনুজ্ঞাতো হরেদংশমিতি ধর্ম্মো ব্যবস্থিতঃ॥ ১৭৯
ক্ষেত্রজাদীন্ সুতানেতানেকাদশ যথোদিতান্।
পুত্রপ্রতিনিধীনাহুঃ ক্রিয়ালোপান্মনীষিণঃ॥ ১৮০
য এতেঽভিহিতাঃ পুত্রাঃ প্রসঙ্গাদন্যবীজজাঃ।
যস্য তে বীজতো জাতাস্তস্য তে নেতরস্য তু॥ ১৮১
ভ্রাতৄণামেকজাতানমেকশ্চেৎ পুত্রবান্ ভবেৎ।
সর্ব্বাংস্তাংস্তেন পুত্রেণ পুত্রিণো মনুরব্রবীৎ॥ ১৮২
সর্ব্বাসামেকপত্নীনামেকা চেৎ পুত্রিণী ভবেৎ।
সর্ব্বাস্তাস্তেন পুত্রেণ প্রাহ পুত্রবতীর্মনুঃ॥ ১৮৩

---

মীনাইহুবীদা নত্রগা মীনাইগী মীনাইদা ( নাইথাঙ্দা ) কনা-গুম্বা শূদ্র নিপানা মচানিপা পোক্লুববদি অতুগা অঙাং অতুনা মপাগী য়াথং ফংলবদি মশাগী ঈ-অশেংবা মচা অতুগা শরুক চপ মান্ননা ফংগনি—অসুম্না শাস্ত্রনা ব্যবস্থা তৌই॥ ১৭৯॥

ঔরসপুত্র নত্তনা ক্ষেত্রজনচিংবা হাযখ্রিবা মচা মখল ১১ মক অসিদি, শ্রাদ্ধনচিংবা থবক তৌদনা তোকখিদনবগীদমক অখঙ্-অহেশিংনা মখোয়বু ঔরসপুত্র ( অশেংবা ঈ ) গী মহুৎ শিনবনি হায়বম্বনি॥ ১৮০॥

অশেংবা মচাগী মবক্তা মতাং ওইনা পনবা যাওখ্রিবা অতোপ্পগী বীর্য্যাদগী পোকপা মচাশিং অসিদি মা মাগী মবু হুনখিবা ( বীজী ) অশেংবা মপা মপা অতুগী মচা অতুম্মক ওইগনি, হাযবদি, লৌ-পুগী মচা নত্তে॥ ১৮১॥

মপা মমা অমত্তনা পোকপা মচীম্মনাউশিংগী মরক্তা মচানিপা পোকপা অমবু য়াওববদি—অঙাং অতুমত্তং পোকপনা মখোয় পূম্নমকসু মচানিপা পোকপগুম্মী, অসুম্না মনুনা হায়রম্মী॥ ১৮২॥

লোম্নবী নুপী ময়ামগী মবক্তসু অমত্তংনা মচানিপা পোক্লবদি অঙাং অতুমত্তং পোকপছনা পূম্নমকীসু মচানিপা পোকপা ওইরে-

**শ্রেয়সঃ শ্রেয়সোঽভাবে পাপীয়ান্ রিকৃথমর্হতি।**
**বহবশ্চেত্তু সদৃশাঃ সর্ব্বে রিকৃথস্য ভাগিনঃ॥ ১৮৪**
**ন ভ্রাতরো ন পিতরঃ পুত্রা রিকৃথহরাঃ পিতুঃ।**
**পিতা হরেদপুত্রস্য রিকৃথং ভ্রাতর এব চ॥ ১৮৫**
**ত্রয়াণামুদকং কার্য্যং ত্রিষু পিণ্ডঃ প্রবর্ত্ততে।**
**চতুর্থঃ সম্প্রদাতৈষাং পঞ্চমো নোপপদ্যতে॥ ১৮৬**
**অনন্তরঃ সপিণ্ডাদ্‌যস্তস্য তস্য ধনং ভবেৎ।**
**অত ঊর্দ্ধং সকুল্যঃ স্যাদাচার্য্যঃ শিষ্য এব বা॥ ১৮৭**

---

হায়বদি লোন্নবীনা পোকপা মচানিপা অহু লৈনা লৈনা মখোয়না দত্তক-নচিংবা মচা লৌশিনবা য়াদে—মসি মহুনা হায়রম্মী ॥ ১৮৩ ॥

ঔরস ( মশাগী ঈ ) নচিংবদগী পোকপা মচাশিংগী মরক্তা ধর্ম্ম কায়দনা পোকপা মচানিপানা অমদি মহু লৈত্রবদনা পাপকী শাজৎ চত্তূনা পোকপা মচানিপা অতৈনা মপাগী মরল ফংগনি; অহুগা বর্ণ তিন্নবদা পোকপা মচা ঙাক্তা ওইরবদি মখোয় পুম্নমক্না শরূক চপ মান্ননা য়েন্নগনি ॥ ১৮৪ ॥

পোকমিন্নবা মনাউনা অমদি অপোকপা মপানা কনানসু মী অহুগী মরল লৌবা য়ারোই—ঈ-অশেংবনচিংবা মচাশিংতনা মপাগী মরল ফংগদবনি। অহুগা অফবসু ফত্তবসু মচানিপা অমত্তা লৈতবা, মচানিপানা পোকপা মশূ নত্রগা শূথাঙ্‌সু লৈতবা, মশাগী নূপীসু লৈত্রবা, মচানিঙোলসু পোক্লমদবা অহুগুম্বা মীগী মরলদি অপোকপা মপানা ফংগনি, মপাহুসু লৈত্রগনা মচীম্ননাউনা ফংগনি ॥ ১৮৫ ॥

মপুধৌ ( মপা পোকপা মপুবু পোকপা ), মপা পোকপা মপু, অমদি মপা—অহুম অসিগীদি মরি শুরকপা মচানিপানচিংবনা পিণ্ড অমদি ঈশিং পীগদবা মীশক্নি। মসিদা মঙা শুরকপা মীথাঙ্‌গীদি করিগুম্বা মরী অমত্তা লৈনদে। অদুবু মচানিপা অহু লৈত্রবদি মশূন্নিপানসু মপা পোকপা মপুনচিংবগী মরল ফংগনি ॥ ১৮৬ ॥

নিপাবু ওইরবসু নূপীবু ওইরবসু শাগে মরক্তা শিগ্রিবা, মীহুগা

খ্বায়দগী হেন্না নক্লবা মী অত্নুনা শিখ্রিবা মী অত্নুগী মরল হান্না ফংগনি ; মখোয়শিং অসিগী মরক্তা অশেংবা ঈ-গী মচা (ঔরসপুত্র) না লন পুন্নমক ফংগনি, লৌফম মচা অমদি মচাগী মগুণ চেনবা পোষ্যপুত্রবু তরাক নত্রগা মঙা থোকপগী শরাক অমমম পীগনি অত্নুগা অসি নত্তবা অতৈ মগাশিংনা চুন্নগী শেৎন-চানবদং ওইনা ফংগনি। ঈ-মচা (ঔরস) অসি লৈতবা থোক্লবদি পুত্রিবা ওইরবী মচানিঙোল অমসুং মচামক্তা মান্নরবা নিঙোলনা-পোকপা-মশূনা লন পুন্নমক ফংগনি। ঔরস পুত্রসু পুত্রিকা ওইবী মচানিঙোলসু অনিমক লৈরবদি অনিমক্না চপ মান্নবা য়েন্নত্নুনা লৌগনি। মখোয় অসিনা অমুক লৈত্রবদি লৌফম মচা ( ক্ষেত্রজ ) নচিংবা মচা মখল ১১ অত্নুনা মথং-মনাউ নাইনা মপাগী মরল ফংনগনি। কনাগুম্বা অমনা শূদ্র নিঙোল লৌত্নুনা পোকপা মচানিপাদি শরাক ১০ থোকপগী শরাক অমদগী হেন্না থক ফংবা য়াদে। অরেম্বা শরাক্তি নক্লবা শাগৈনা লৌগনি। মচানিপা মখল ১৩ অমদি মচানিপানা পোকপা মশূনিপা অমসুং শূথাঙ ফাওবদা লৈত্রবদি শিখিবা মীগী নুপীনা মরল ফংগনি। নুপী লৈত্রগনা পুত্রিকা ওইবী নিঙোলগী মচানুপীনা ফংগনি। অসি ফাওবা মরৈাখত্রবদি শিখিবা মীগী মপা মমাগী অধিকার লাকলে। অসুম্না মথাদা ইরিবা মথং মনাউ অসিগী মতুংইন্না মথক মথক্না লৈত্রবদা মথং মথংনা লল ফংনগনি মত্নুদি—মপা মমাসু লৈত্রবদা পোকমিন্নবা মচীন্মনাউগী মচা, শিখিবা মীগী মপা পোকপা মবেল, মচীন্মনাউগী মচানিপাগী মচা, লোন্নবীনা পোকপা মচীন্মনাউশিংগী মচা অমদি মশূ, মপা পোকপা মপু (শিখিবগী), মপাগা পোকমিন্নবা মপল নত্রগা মখুড়া, মপা-মতোনগী পিবা মশূ নত্রগা শূথাঙ, মপুথৌ ( প্রপিতামহ ), মবেনথৌ ( মপু পোকপী ), মবুথৌগী মচা-মশূ অতৈ অতৈ ( মথং মনাউ নাইনা )। অসুম্না সপিণ্ড (মীরোল ৭কী মসুং ওইবা) শিংগী মথংদা সমানোদক মীয়োল ৭কী রাংমা লানগ্রবা ১৪ গী মসুংদদি লৈবা) শিংগী

সর্ব্বেষামপ্যভাবে তু ব্রাহ্মণা রিক্থভাগিনঃ।
ত্রৈবিদ্যাঃ শুচয়ো দান্তাস্তথা ধর্ম্মো ন হীয়তে॥ ১৮৮
অহার্য্যং ব্রাহ্মণদ্রব্যং রাজ্ঞা নিত্যমিতি স্থিতিঃ।
ইতরেষান্তু বর্ণানাং সর্ব্বাভাবে হরেন্নৃপঃ॥ ১৮৯
সংস্থিতস্যানপত্যস্য সগোত্রাৎ পুত্রমাহরেৎ।
তত্র যদ্‌রিক্থজাতং স্যাৎ তৎ তস্মিন্ প্রতিপাদয়েৎ॥ ১৯০
দ্বৌ তু যৌ বিবদেয়াতাং দ্বাভ্যাং জাতৌ স্ত্রিয়া ধনে।
তয়োর্যদ্‌যস্য পিত্র্যং স্যাৎ তৎ স গৃহ্নীত নেতরঃ॥ ১৯১

---

অধিকারনি। অসিগুম্বা শাগৈ-নাতৈশিং অসিসু লৈত্রবদা শিখিবা মীগী আচার্য্য ( গুরু ), আচার্য্য লৈত্রগনা মশাগী শিষ্যনা শিখিবা মীগী মরল-মথুম ফংগনি॥ ১৮৭॥

মখংদা ব্রহ্মচারী ফাওবা লল লোবা মাবা মী লৈত্রবদা বেদ অহুম্মক হৈবা মশা শেংনা লৈবা, ইন্দ্রি-খুত্থম চনবা ব্রাহ্মণতমনা লল্য পূম্নমক ফংগনি। অসিগুম্বা ব্রাহ্মণনা ললগী মপু ওইহৌরবদি শিগ্রবা ইনাক-কৈরাক খুনবা মী অতুগী শ্রাদ্ধনচিংবা ধর্ম্ম মাঙ্‌বা লৈতে॥ ১৮৮॥

ব্রাহ্মণগী মপোৎতি নিংথৌনা থক লৌফরোই—মসিদি লেঙ্‌-ফত্রবা ব্যবস্থানি। অতুগা লৌবিনবা কনাসু লৈখিত্রবদা অতোপ্পা অতোপ্পা বর্ণশিংগী মরল মথুমদি নিংথৌনা লৌশিনগনি॥ ১৮৯॥

মচা পোক্তনা শিখ্রবা মীগী নুপীনা গুরুগী য়াথং মতুংইন্না গোত্র তিন্নবা নিপাদগী মচা খুন্দুনা অঙাং অদুদা, শিগ্রবা মীগী মরল পূম্নমক পীগদবনি॥ ১৯০॥

কনাগুম্বা নিপানা মশাগী অশেংবা মচা অমা থনম্লগা শিখ্রবদা ম্যাগী নুপীনা মচা অঙাং ওইরি হায়হনা মপুরোয়বগী মরল পূম্নমক মালা পায়শিল্লগা নিপা অমদা অমুক মখুম পানবদা নিপা অতুগী মচা অমসু অমুক পোক্লগা নিপা অতুসু অমুক শিখিবা পোক্তনা নিপাতুগী মরলসু ম্যাগী মথুত্তা তাহৌরবদি—অতুগা অঙাং অনি

জনন্যাং সংস্থিতায়ান্তু সমং সর্ব্বে সহোদরাঃ।
ভজেরন্ মাতৃকং রিক্থং ভগিন্যশ্চ সনাভয়ঃ॥ ১৯২
যাস্তাসাং স্যুর্দুহিতরস্তাসামপি যথার্হতঃ।
মাতামহ্যা ধনাৎ কিঞ্চিৎ প্রদেয়ং প্রীতিপূর্ব্বকম্। ১৯৩
অধ্যগ্ন্যধ্যাবাহনিকং দত্তঞ্চ প্রীতিকর্ম্মণি।
ভ্রাতৃমাতৃপিতৃপ্রাপ্তং ষড়্বিধং স্ত্রীধনং স্মৃতম্।। ১৯৪

---

অছুনা মরল-মথুম মুন্নবদা থংনরকপা থোক্লবদি অঙাং অনি অছুদা মপা মপাগী মরল অছু পীবিগদবনি ; অপোকপা মপাগী মরল নত্তনা অতৈ হেন্না ফংনবা য়াদে ॥ ১৯১ ॥

মমানা শিরবদি মমাগী মরল অছু পোকমিন্নবা মচীন্মনাউনা অমস্থং থাজ-য়োনজত্রিবী পোকমিন্নবী মচলনুপীনা চপ মান্ননা য়েন্নছুনা লৌগনি। মযুম পানথ্রবী মচানিঙোল নৈরবদি মহাকপু মশাগী শন্নাক্তুগী মরি থোকপগী অমা থাইবীথিগনি ॥ ১৯২ ॥

অছুগা মযুম পান্নবী নূপীশিং অসিগী ( নিঙোল ) থাজত্রিবী মচানুপী হায়বদি লুহোঙত্রিবী নিঙোল মশুনুপী (শিখিবী অছুগী মশু) নৈরবদি মখোয় অদুবুস্থু মমা পোকপী মবেলগী মরল অছুগী শন্নাক থন্না থাইবীগনি ॥ ১৯৩ ॥

নুপীগী মরল মথল ৬ থোক্না থায়দোকপি মছদি—অধ্যগ্নি ( লুহোঙ্বা মতমগী অউনপোং ), অধ্যাবাহনিক (লুহোঙ্বা মতুংদা মপুরোয়বগী মযুমদা চংননবা পীবা লল=লৌথংপনচিংবদা তম্বা পোং ), প্রীতিদত্ত ( হুংশিছুনা পীবিরম্বা পোং ), মাতৃদত্ত ( মমানা পীবা ), ভ্রাতৃদত্ত (মবুং-মৌপরানা পীবা), পিতৃদত্ত (মপানা পীবা)। লুহোঙ্বা মতমদা মপানচিংবনা পীবা মরল অদুবু 'অধ্যগ্নি', নিপা মযুমদা চংপা মতমদা ফংবা শেল-থুম অদুবুনা "অধ্যাবাহনিক," অছুগা মরা মপুরোয়বনা হুংশিছুনা পীবিবা অছুনা 'প্রীতিদত্ত' হায়না কৌই ॥ ১৯৪ ॥

অন্বাধেয়ঞ্চ যদ্দত্তং পত্যা প্রীতেন চৈব যৎ।
পত্যৌ জীবতি বৃত্তায়াঃ প্রজায়াস্তদ্ধনং ভবেৎ ॥ ১৯৫
ব্রাহ্ম-দৈবার্ষ-গান্ধর্ব্ব-প্রাজাপত্যেষু যদ্বসু।
অপ্রজায়ামতীতায়াং ভর্ত্তুরেব তদিষ্যতে ॥ ১৯৬
যৎ ত্বস্যাঃ স্যাদ্ধনং দত্তং বিবাহেষ্বাসুরাদিষু।
অপ্রজায়ামতীতায়াং মাতাপিত্রোস্তদিষ্যতে ॥ ১৯৭
স্ত্রিয়াস্তু যদ্ভবেদ্বিত্তং পিত্রা দত্তং কথঞ্চন।
ব্রাহ্মণী তদ্ধরেৎ কন্যা তদপত্যস্য বা ভবেৎ ॥ ১৯৮

---

লুহোঙ্বা মতুংদা মপা মমানা, মপুরোয়বনা, মপামগী মীনা, মমাগী মপামনা, মপুরোয়বগী শাগৈনা পীবা মরল অদুবুনা 'অন্বাধেয়' কৌই। অসিগুম্বা অন্বাধেয় অসিগা প্রীতিদত্তগা অনি অসিদি নূপী অদুনা মপুরোয়বগী মাঙ্খাদুনা শিখ্রবদি নূপী অদুগী মচা-মশৈনা ফংগনি ॥ ১৯৫ ॥

ব্রাহ্ম, দৈব, আর্ষ, গান্ধর্ব্ব অমসুং প্রাজাপত্য—লুহোঙ্বা মথল মগা অসিদগী ফংলকপা মথক্তা হায়খ্রবা নূপী-মরল ৬মক অসি নূপী অদুনা মচা-মশু থনমদনা শিথিবা থোক্লবদি মদু মপুরোয়বনা অদুম্মক ফংগনি ॥ ১৯৬ ॥

আসুর, রাক্ষস অমসুং পৈশাচ—লুহোঙবা মথল অহুম অসিদগী ফংলকপা নূপী মরলনা, নূপী অদুনা মচা মশু অমত্তা থনমদনা শিথিবী ওইরবদি লল অদুগী ফংকম থোকপা মীদি শিখ্রিবী অদুগী মমানা অহানবা ওইগনি, মমা লৈত্রগা মপাগী শরুকনি ॥১৯৭॥

ব্রাহ্মণনা লৌবী তোঙানবা জাতিগী নূপীশিংগী মরক্তা কনা-গুম্বী অমনা মচা মরা (অনপত্য-পতিকা) লৈতনা শিখ্রবদি মপাম-দগী ফংলকপা মাগী মরল অদু শিখ্রিবী নূপী অদুগী লোয়বী ব্রাহ্মণী অদুগী মচানূপীনা ফংগনি, মদু লৈত্রগা নিঙোল মচানা ফং-গনি ॥ ১৯৮ ॥

ন নির্হারং স্ত্রিয়ঃ কুর্য্যুঃ কুটুম্বাদ্বহুমধ্যগাৎ।
স্বকাদপি চ বিত্তাদ্ধি স্বস্য ভর্ত্তুরনাজ্ঞয়া ॥ ১৯৯
পত্যৌ জীবতি যঃ স্ত্রীভিরলঙ্কারো ধৃতো ভবেৎ।
ন তং ভজেরন্ দায়াদা ভজমানাঃ পতন্তি তে ॥ ২০০
অনংশৌ ক্লীবপতিতৌ জাত্যন্ধবধিরৌ তথা।
উন্মত্ত-জড়-মূকাশ্চ যে চ কেচিন্নিরিন্দ্রিয়াঃ ॥ ২০১
সর্ব্বেষামপি তু ন্যায্যং দাতুং শক্ত্যা মনীষিণা।
গ্রাসাচ্ছাদনমত্যন্তং পতিতো হ্যদদদ্ভবেৎ ॥ ২০২

---

মীয়াম পুন্না চামিন্নবা ইমুংগী কনাগুম্বী নূপী অমত্তনা অচুম্বা (য়ামদবা) শেল-থুমদগী মাগী লৈতেংনচিংবা লৈবা শাবা তৌন-ৰবীদনক শেল থাইদোক্তনা তুংশিনবা য়াদে অচুগা মপুরোয়বগী য়াথং নত্তনা মপুরোয়বগী মরলদগীসু লৌনিঙ্ৰা শেল লৌথোক্তুনা থৃচ তৌথোক্‌পা য়াদে ॥ ১৯৯ ॥

মপুরোয়বা হিংলিঙৈদা নূপীনা কেবা-মৌবদা শীজিন্নবা লিক-কোয়চিংবা লৈতেংশিং অদু মপুরোয়বনা শিথ্রবদা মচানিপানচিংবা অধিকারীশিংনা নূপী অতুনা হিংলিঙৈদদি লৌশিনবা য়াদে, লৌরবদি পাপী ওই ॥ ২০০ ॥

ক্লীব ( নপুংসক ) ওইবা, পতিত (জাত তারবা), পোকঙৈদগী মমিৎ উরক্তবা, পোকঙৈদগী মনা পঙ্‌ংকপা, অঙাওবা, জ্ঞান য়াওদবা অমসুং লেঙ্‌বা-ওৎপা ঙমদবা, মরোল থোক্তবা অমদি মমিৎ ন্যানা তাঙ্‌বা অসিনচিংবা মশা-মঊ শোইনাইবাশিং অসিদি লপাকচিংবগী মরল ফংবা য়াদে ॥ ২০১ ॥

লল ফংহৌবশিংনা মরাইবক ফীরবশিংং অসিদু অঙম্বা মতুং-ইন্না মপুক্কী চুপ্পা ফিজেৎ চাক-চা পীবিতুনা য়োকপিগনি, নত্রবদি পাপ পুগনি ॥ ২০২ ॥

যদ্যর্থিতা তু দারৈঃ স্যাৎ ক্লীবাদীনাং কথঞ্চন।
তেষামুৎপন্নতন্তূনামপত্যং দায়মর্হতি ॥ ২০৩
যৎকিঞ্চিৎ পিতরি প্রেতে ধনং জ্যেষ্ঠোঽধিগচ্ছতি।
ভাগো যবীয়সাং তত্র যদি বিদ্যানুপালিনঃ ॥ ২০৪
অবিদ্যানাস্তু সর্বেষামীহাতশ্চেদ্ধনং ভবেৎ।
সমস্তত্র বিভাগঃ স্যাদপিত্র্য ইতি ধারণা ॥ ২০৫
বিদ্যাধনন্তু যদ্যস্য তৎ তস্যৈব ধনং ভবেৎ।
মৈত্র্যমৌদ্বাহিকঞ্চৈব মাধুপর্কিকমেব চ। ২০৬

---

মথত্তা হায়রিবা ক্লীব ওইবনচিংবা মীশিং অমিনা নূপী শিনিঙলবদি থিবা য়াই অহুগা মহুদা ক্ষেত্রজপুত্র ( শোকম মচা ) পোক্লবদি অহুগা মচা অহুনা ক্লীবনচিংবা দোষ লৈতবা মীওই ওই-বদি মহাক্কা মপা পোকপা মপুগী মরল ফংগনি ॥ ২০৩ ॥

মপা শিথ্রবদা, মপাগী মরল য়েম্বোক্কত্রিবৈঙদদি ময়াম্বা অহলনা মপাম্বোম পাংগলনা তানশিনবা শেল অহু মহৈ-মশিন তমহুনা লৈরিবা মনাউশিংনা শরুক ফংগনি, অতেনদি ফংলোই ॥ ২০৪ ॥

মপানা করিস্থু থম্বীরমদনা শিথ্রবদা মচীম্মনাউ মথেনা মানা-মানা ওম্বা হোংনহুনা তাল্লগা য়ুম্বানবগী থবক তৌমিন্নরবদি মথোই-অহেন নাইনা তানশিন্নথিবা ওইহুনস্থু য়েন্নরকপা মতমদদি মথোম পুন্নমক চপ মান্নবা থুংগনি—কনানা কনাদগী য়াংপা হেনবা য়াম্লোই —থোইগংমা ফংবগী হৌনবীস্থু লৈরোই ( উদ্ধার ) ॥ ২০৫ ॥

মহৈনা ফংজরকপা শেলদি হৈরিবা মী অহুতগী শরুক্কি; মরূপ-মপাংদগী ফংবা, লুহোঙবদা মকু-মনেমদগী ফংবা, অহুগা শিস্থনা ( যজমান্নচিংবনা ) চিংনবা য়াহংগী পাউথুম তাকপিবন-চিংবদগী ফংলকপা—অসিগুম্বা লনথিং অসিদি অম্নু তাম্নুনা মী অত্তুমীনি—অধিকারীশিংনা য়েন্নথোক্কপা য়াদে ॥ ২০৬ ॥

ভ্রাতৄণাং যস্ত নেহেত ধনং শক্তঃ স্বকর্ম্মণা ।
স নির্ভাজ্যঃ স্বকাদংশাৎ কিঞ্চিদ্দত্ত্বোপজীবনম্ ॥ ২০৭
অনুপঘ্নন্ পিতৃদ্রব্যং শ্রমেণ যদুপার্জ্জয়েৎ ।
স্বয়মীহিতলব্ধং তন্নাকামো দাতুমর্হতি ॥ ২০৮
পৈতৃকন্তু পিতা দ্রব্যমনবাপ্তং যদাপ্নুয়াৎ ।
ন তৎ পুত্রৈর্ভজেৎ সার্দ্ধমকামঃ স্বয়মর্জ্জিতম্ ॥ ২০৯
বিভক্তাঃ সহ জীবন্তো বিভজেরন্ পুনর্যদি ।
সমস্তত্র বিভাগঃ স্যাজ্জ্যৈষ্ঠ্যং তত্র ন বিদ্যতে ॥ ২১০

---

নিংথৌ মনাই ওইবদগী মশাগী মরল লৈজরে হায়রহ্না মপাগী মরল য়েন্নরকপদা মাগী শরুক্তি লৌররোই হায়না মচীন্মনাউশিংদা লান্থোকপা ওইহ্নস্ু মাগী মচাশিংনা মমৈদা য়েংলক্তনবা মচীন্মনাউ-শিংনা মাগী মাগী শরুক্তগী থরা থরা থাইদোক্ত্না নিংথৌ মনাই ওইরিবা মচীন্মনাউ অহুদা পীগনি ॥ ২০৭ ॥

মপাগী মরল করিস্ু মাঙ্হন্দনা মপান্থোম পাংগলনা তান-শিন্নবা শেল অহুদি, তান্নুরিবা মী অহুনা পীনিঙ্ঙ্রবদি মচীন্মনাউ অতৈদা য়েন্থোকলোইদবনি ॥ ২০৮ ॥

মপানা শোন্নবা পাঙ্জদবদগী অতোপ্পা কনাগুম্বা মী অমনা, মপাগী মরল-মথুম চাহ্না লৈশ্রবদা কনাগুম্বা মচা অমনা মশাগী শক্তিনা মহু লৌথোক্লুবা ওন্নবদি অহুগা লল অহু মশানা তানজবা ওইবনা মানা পীনিঙ্ঙ্রবদি অতোপ্পা মচাশিংদা য়েন্থোক্ত্না পীরোই-রবনি ॥ ২০৯ ॥

মচীন্মনাউশিংনা হান্না থাইদোক্লরম্বদগী মতুংদা অমুক পুল্লপ চানিন্নরবদি অহুগা কোন্না অমুক থাইদোক্লরবা থোক্লবদি য়েন্নবা মতমদা চপ চপ মান্নবা থুংনগনি—অহনবি হায়রহুনস্ু মনিন্নবদি অথোইবা য়ামদা কংজরোই ॥ ২১০ ॥

যেষাং জ্যেষ্ঠঃ কনিষ্ঠো বা হীয়তাংশ প্রদানতঃ।
ম্রিয়েতান্যতরো বাপি তস্য ভাগো ন লুপ্যতে ॥ ২১১
সোদর্য্যা বিভজেরংস্তং সমেত্য সহিতাঃ সমম্।
ভ্রাতরো যে চ সংসৃষ্টা ভগিন্যশ্চ সনাভয়ঃ ॥ ২১২
যো জ্যেষ্ঠো বিনিকুর্ব্বীত লোভাদ্ভ্রাতৄন্ যবীয়সঃ।
সোঽজ্যেষ্ঠঃ স্যাদভাগশ্চ নিয়ন্তব্যশ্চ রাজভিঃ ॥ ২১৩
সর্ব্ব এব বিকর্ম্মস্থা নার্হন্তি ভ্রাতরো ধনম্।
ন চাদত্ত্বা কনিষ্ঠেভ্যো জ্যেষ্ঠঃ কুর্ব্বীত যৌতকম্ ॥ ২১৪
ভ্রাতৄণামবিভক্তানাং যদ্যুত্থানং ভবেৎ সহ।
ন পুত্রভাগং বিষমং পিতা দদ্যাৎ কথঞ্চন ॥ ২১৫

---

লন-থুম য়েন্নবা মতমদা লম্বোই-তুবোইহনা চংখ্রবা নত্রগা মশা শিবনচিংবা থোক্তুনা মশাগী শরুক ফংত্রবা মী অহুস্তু মাগী শরুক্তি মাঙ্লোই। পোকমিন্নবা মচীম্মনাউশিংনা মাগী শরুক অহু য়েন্নহনা লৌগনি ॥ ২১১ ॥

পুন্না চামিন্নরিবা মনাউশিং, পোকমিন্নবী মচলশিংস্তু শরুক অসিদগী মাম্নবা শরুক ফংগনি ॥ ২১২ ॥

ময়াম্বা অহলনা মিহৌ চাউবদগী মনাউশিং অতৈবু মমথাক তৌরম্নবদি মাবু অহন্নি হায়হনা পুজানচিংবা (কিনা লুনা তৌবা) তৌকম থোক্তে—অহল অমা ওইবগী থোইগংপা পোৎস্তু ফংলরোই—অহোয়নহুম নিংথৌগী দণ্ডি ফংফম থোকই ॥ ২১৩ ॥

জাত তাবমক নত্রবস্তু ফত্তবা থবক্তমক তৌবা মচীম্মনাউশিং অহুদি মপাগী মরল ফংবদা মতিক চাদে; ময়াম্বগী ওইবা অপুনবা শেনফমদা মনাউশিংগী শরুক পীথোক্তনা ময়াম্বা অহলনা মরম্মাই থক পুনশিন-থোমজিন্নোইদবনি ॥ ২১৪ ॥

অপুনবা শেনফম য়েন্নত্রিভৈদা মচীম্মনাউ পুন্নমক্না শেল থন্না থন্না তানশিন্নরবদি, শেল য়েন্নরকপা মতমদা মপানা মথোয়স্তু চপ চপ মামনা য়েন্নবীগনি—কম্মাদস্তু য়াম্বনা অমদি হেন্না পীফদে ॥২১৫॥

অয়মুক্তো বিভাগো বঃ পুত্রাণাঞ্চ ক্রিয়াবিধিঃ।
ক্রমশঃ ক্ষেত্রজাদীনাং দ্যূতধর্ম্মং নিবোধত ॥ ২২০
দ্যূতং সমাহ্বয়ঞ্চৈব রাজা রাষ্ট্রান্নিবারয়েৎ।
রাজ্যান্তকরণাবেতৌ দ্বৌ দোষৌ পৃথিবীক্ষিতাম্ ॥ ২২১
প্রকাশমেতৎ তাস্কর্য্যং যদ্দেবনসমাহ্বয়ৌ।
তয়োর্নিত্যং প্রতীঘাতে নৃপতির্যত্নবান্ ভবেৎ ॥ ২২২
অপ্রাণিভির্যৎ ক্রিয়তে তল্লোকে দ্যূতমুচ্যতে।
প্রাণিভিঃ ক্রিয়তে যস্তু স বিজ্ঞেয়ঃ সমাহ্বয়ঃ ॥ ২২৩

---

যেন্নরোই, মানা মানা কান্নবা মতুংইন্না অহুম্মক পুন্না শীশিজিন্ন-মিন্নগনি। মীনাইশুবানচিংবসু য়েন্নবা য়াদে, নিয়ম নাইননা মাগী মাগী থবক অহুম্মক শীজিন্নগনি। মন্ত্রী, পুরোহিত অমসুং যজ্ঞাবুং-নচিংবা মকমসু য়েন্নবা য়াওরোই ॥ ১১৯ ॥

লন-থুম য়েন্নবগী ব্যবস্থা অমদি লৌফম-মচানচিংবগী মথং-মনাউ নাইনা য়েন্থোকপগী মরম পুন্নমক নখোয়দা হায়রিবসিনি। হুঞ্জীক অমুক দ্যূতধর্ম্ম গী ( জ্বার শান্নবনচিংবা ) মরম হায়গে তারো ॥ ২২০ ॥

নিংথৌনা মাগী লৈবাক্তা চোবর শান্নবা, শা-উচেক্কচিংবা য়াইনহনবা-তুনহনবা, কাওনহনবা, পুম্নমক থিংগদবনি, মরমদি— দোষ অনি অসিতনা নিংথৌগী মরৈবাক মাঙহন্নবগী মশক্নি ॥২২১॥

শান্নবা মথল অনি অসিমক ইফোং ফোংনা হুরান্নবনি; মরম অহুনা নিংথৌনা অনি অসিবু থিংমনবা মতম পুম্নমক্তা চেক-শিন্না হোৎনগদবনি ॥ ২২২ ॥

চৌবর মরুনচিংবা (অক্ষশলাকা) থরায় পান্দবা পোৎনা শান্ন-ববু "দ্যূত" ( জ্বার ), য়াউ-হুইনচিংবা থরায় পানবশিংবু শেল থানহনা শান্নবদুনা 'সমাহ্বয়' হায়না কৌই ॥ ২২৩ ॥

দ্যূতং সমাহ্বয়ঞ্চৈব যঃ কুর্য্যাৎ কারয়েত বা।
তান্ সর্ব্বান্ ঘাতয়েদ্রাজা শূদ্রাংশ্চ দ্বিজলিঙ্গিনঃ ।।২২৪
কিতবান্ কুশীলবান্ ক্রূরান্ পাষণ্ডস্থাংশ্চ মানবান্।
বিকর্ম্মস্থান্ শৌণ্ডিকাংশ্চ ক্ষিপ্রং নির্বাসয়েৎ পুরাৎ ।।২২৫
এতে রাষ্ট্রে বর্ত্তমানা রাজ্ঞঃ প্রচ্ছন্নতস্করাঃ।
বিকর্ম্মক্রিয়য়া নিত্যং বাধন্তে ভদ্রিকাঃ প্রজাঃ ।। ২২৬
দ্যূতমেতৎ পুরাকল্পে দৃষ্টং বৈরকরং মহৎ।
তস্মাদ্দ্যূতং ন সেবেত হাস্যার্থমপি বুদ্ধিমান্ ।। ২২৭
প্রচ্ছন্নং বা প্রকাশং বা তন্নিষেবেত যো নরঃ।
তস্য দণ্ডবিকল্পঃ স্যাদ্ যথেষ্টং নৃপতেস্তথা ।। ২২৮

---

অসিগুম্বা শান্নবা মথল অনি অসিমক তৌবা নত্রগা মীবু ঈনশিন্দুনা শান্নহনবা মীশিং অতুদি নিংথৌনা মথোয় পূম্নমকপু মরালগী মতুংইম্না মখুৎ ককপনচিংবদগী হৌতুনা মথরায় হাৎপা ফাওবা য়ৌনা দণ্ড পীগনি অতুগা নগুণনচিংবা থাংজিন্দুনা দ্বিজগী মতৌ মান্নবা তৌরম্বা শূদ্রশিংবুস্নু মওঙ্ অস্নুম্না দণ্ড পিগনি ॥২২৪॥

আর শান্নবা, জগোই শাবা, ঈশৈ শকপা, মতাং চাউবা ( অমদি হুংশি হৈতবা ), বেদ হৈবা মীবু য়েংথাবা, মীগী মতৌ তমহনা হিংনবা ( মনাৎ থাদোক্তুনা মীগী মনাৎ তাংবা ), অমদি চণ্ডালনচিংবা মীওইবু থুনমক মরৈবাক্তগী তাম্থোকথিগদবনি ॥২২৫॥

অসিগুম্বা মশক লোৎপা হুরানবশিং অসিনা লৈরবদি লোনম-লৌথুপনচিংবা অধর্ম্মমক্তনা লৈবাক্কী চীক্লা ঈংনা পানজবা প্রজা-শিংবু ওৎপি-নৈবীহনা লাঙ্ হল্লি ॥ ২২৬ ॥

আর শান্নবনা যুগ অসিতদা কত্তবা নত্তে—মথক মথক্কী কল্প-শিংদস্নু কত্তবা য়াম্না থোকখি, মরম অহনা লৌশিং চাউবা মীনা কাপি ওইনমকস্নু থক আর শান্নরোইদবনি ॥ ২২৭ ॥

হম্রাউনা অমদি ইকোং কোংনা চৌথরক্তচিংবা আর শান্নবা মী অদুবু নিংথৌনা পীনিংঙ বা দণ্ড পীবা য়াই ॥ ২২৮ ॥

ক্ষত্রবিট্ শূদ্রযোনিস্তু দণ্ডং দাতুমশক্নুবন্।
আনৃণ্যং কর্ম্মণা গচ্ছেদ্বিপ্রো দদ্যাচ্ছনৈঃ শনৈঃ ॥ ২২৯
স্ত্রীবালোন্মত্তবৃদ্ধানাং দরিদ্রাণাঞ্চ রোগিণাম্।
শিফাবিদলরজ্জ্বাদ্যৈর্বিদধ্যান্নৃপতির্দমম্ ॥ ২৩০
যে নিযুক্তাস্তু কার্য্যেষু হন্যুঃ কার্য্যাণি কার্য্যিণাম্।
ধনোষ্মণা পচ্যমানাস্তান্ নিঃস্বান্ কারয়েন্নৃপঃ ॥ ২৩১
কূটশাসনকর্ত্তৃংশ্চ প্রকৃতীনাঞ্চ দূষকান্।
স্ত্রীবালব্রাহ্মণঘ্নাংশ্চ হন্যাদ্বিট্সেবিনস্তথা ॥ ২৩২
তীরিতঞ্চানুশিষ্টঞ্চ যত্র ক্বচন যদ্ভবেৎ।
কৃতং তদ্ধর্ম্মতো বিদ্যান্ন তদ্ভূয়ো নিবর্ত্তয়েৎ ॥ ২৩৩

---

ক্ষেত্রি, বৈশ্য অমসুং শূদ্র—মখোয় অসিনা লায়রবদগী জরিশেল থাবা ঙমদ্রবদি নিংথৌনা মখোয়বু মাগী মাগী জাতিগী মথৌ তৌনহন্দুনা জরিশেল শিংগৎহনগনি ॥ ব্রাহ্মণ ওইরবদি জরিশেল কোক্লবগীদমক থবক শীজিন্নরোই, মানা তানজবা শেল খরা খরা লোথস্তুনা শিংদোকহনগনি ॥ ২২৯ ॥

নূপী, অঙাং, অঙাওবা, অহল, লায়রবা অমদি লায়থুং থুংবা—মখোয় অসিবুদি জরি তৌদনা কূরাউ-হং চন্দুনা নত্রগা থৌরীন-চিংবনা পুনশিন্দুনা নিংথৌনা লাক্লবা হোৎনগনি ॥ ২৩০ ॥

বিচারগীদমক হাপ্লবা মীওইনা শেনজা-থুমজা তৌদুনা বাদী-বিবাদীগী থবক মাঙহল্লম্বা থোক্লবদি নিংথৌনা মখোয় অদুবু মরল মথুম পূল্লমক মত্তুনা লৌরগা করিসু থাক্লমলোইদবনি ॥ ২৩১ ॥

নিংথৌগী য়াথং লাল্লা য়েকশিনবা মী, অঙম-অথৌশিংবু তিন্নবা য়াদনবা শীনবা-মী, নূপী-অঙাং অমদি ব্রাহ্মণ হাৎপা মী, অহূগা য়েক্লবগী মীচঙ্ চঙ্বা মী অদুবু নিংথৌনা হাৎকদবনি ॥ ২৩২ ॥

য়াথোক-লাম্বোক্তী বিচারদা বিচার তৌবা মীশিংনা মীচঙ অমবু অকবনি নত্রগা ফত্তবনি হায়না লেপ্পুনা লোইশিন্নবা অমদি

অমাত্যাঃ প্রাড়বিবাকো বা যৎ কুর্য্যুঃ কার্য্যমন্যথা।
তৎ স্বয়ং নৃপতিঃ কুর্য্যাৎ তান্ সহস্রঞ্চ দণ্ডয়েৎ। ২৩৪
ব্রহ্মহা চ সুরাপশ্চ স্তেয়ী চ গুরুতল্পগঃ।
এতে সর্ব্বে পৃথক্ জ্ঞেয়া মহাপাতকিনো নরাঃ॥ ২৩৫
চতুর্ণামপি চৈতেষাং প্রায়শ্চিত্তমকুর্ব্বতাম্।
শারীরং ধনসংযুক্তং দণ্ডং ধর্ম্ম্যং প্রকল্পয়েৎ॥ ২৩৬
গুরুতল্পে ভগঃ কার্য্যঃ সুরাপানে সুরাধ্বজঃ।
স্তেয়ে চ শ্বপদং কার্য্যং ব্রহ্মহণ্যশিরাঃ পুমান্॥ ২৩৭

---

পীফম থোকপা দণ্ডিসু লেপথ্রবদি—মহু ধর্ম্ম কায়দনা তৌগ্রবনি খন্দুনা অমুক হন্না খন্নরোইদবনি॥ ২৩৩॥

নিংথৌগী মন্ত্রী নত্রগা বিচারপতিনা বাদী-বিবাদীগী করিগুম্বা রাকংতা শেবান্নবা (চুমদনা), রাযেল্লম্নবদি নিংথৌ মশামক্না রাথোক অহুগী বিচার অমুক হন্না তৌগনি অহুগা বিচার লান্না তৌরম্বা কাঙ্বুবু পণ ১,০০০ রাকোংহনগনি॥ ২৩৪॥

ব্রাহ্মণ হাৎপা, যু থবপা, সনা হুবানবা, দ্বিজাতি অমদি গুরুগী নূপী হুল্লানবা—মথোয খুদিঙ্মক অসিবু মহাপাতকী (অচোবা পাপ তৌবা মী) হায়না কৌই॥ ২৩৫॥

মহাপাতকী ওইবা মথোয় মরিমক অসিবু মতিক চাবা প্রায়শ্চিত্ত তৌত্রবদি নিংথৌনা মথোয়বু মবালগী মতুংইন্না শেলগা লোয়ননা মগাগী অসুন্না মশাবু লাক্লহুনা দণ্ডি তৌগনি॥ ২৩৬॥

গুরুগী নূপী হুল্লানবগীদি হুল্লাল্লুবা মী অহুগী মরাইবক্তা মৈ-ঈকপা য়েংনা নূপীগী ফিহুং (অথীভম) মানবা খুদম অমা য়েক্কনি অহুগা যু-থকপগীনা অথবপা মীগী মরাইবক্তা যু হাপ্পা পাত্রগী মশক, সনা হুরানবনা মরাইবক্তা হুইগী খোঙ্গুল মওঙ্ অহুগা ব্রাহ্মণ হাৎ-পগীনা মরাইবক্তা মকোক য়াওদবা মীগী মূর্ত্তি অমা য়েক্কনি॥ (মৈ-ঈকপা য়োংনা য়েকপা নত্রগা খাবৈ লম্বা অসিদি পুম্নী চুপ্পা কোক্তনবনি)॥ ২৩৭॥

অসম্ভোজ্যা হ্যসংযাজ্যা অসম্পাঠ্যাবিবাহিনঃ।
চরেয়ুঃ পৃথিবীং দীনাঃ সর্ব্বধর্ম্মবহিষ্কৃতাঃ ॥ ২৩৮
জ্ঞাতিসম্বন্ধিভিস্ত্বেতে ত্যক্তব্যাঃ কৃতলক্ষণাঃ।
নির্দ্দয়া নির্নমস্কারাস্তন্মনোরনুশাসনম্ ॥ ২৩৯
প্রায়শ্চিত্তন্তু কুর্ব্বাণাঃ সর্ব্বে বর্ণা যথোদিতম্।
নাঙ্ক্যা রাজ্ঞা ললাটে স্যুর্দ্দাপ্যাস্তূত্তমসাহসম্ ॥ ২৪০
আগঃসু ব্রাহ্মণস্যৈব কার্য্যো মধ্যমসাহসঃ।
বিবাস্যো বা ভবেদ্রাষ্ট্রাৎ সদ্রব্যঃ সপরিচ্ছদঃ ॥ ২৪১

---

খুদমশিং অসি তৌরবা মহাপাতকীশিং অত্থুগা থক চামিন-থকমিন্নরোইদবনি. ব্রাহ্মণনা মখোয়গী পুরোহিত ওইরোইদবনি; লাইরিক তম্বীরোইদবনি, চারো-মোরোনবগী থবকসু তৌনরোই-দবনি। অসুম্না ধর্ম্ম পুম্নমক্তা মখোয়গী চঙ্‌জকম লৈতত্না মাল্লা মানা পৃথিবী অসিদা অসুম কোয়চৎ চত্তুনা লৈহনগদবনি ॥ ২৩৮ ॥

মখোয় অসিবু শাগৈ-নাতৈশিংনসু পুমথা থাদোকদবনি, খোঞ্জাল মরীক অমত্তসু উৎলোইদবনি, মখোয়বু খুরুমলোইদবনি মল্লগা মখোয়না খুরুম্বদা থক ওকলোইদবনি—মসিনা মনুগী য়ারকনি ॥ ২৩৯ ॥

মহাপাতকীশিং অসিনা মাগী মাগী বর্ণগী হৌনবী শাস্ত্রনা হায়বা প্রায়শ্চিত্ত তৌজরবদি নিংথৌনা মখোয়গী মর ইংক্তা মৈ-ঈকপা য়োৎনা খুদম তৌররোই; অত্থুমদি ওইরগা মখোয়বু উত্তম সাহস-দণ্ডদি (অকনবা দণ্ড) পীগনি ॥ ২৪০ ॥

মগুণ চেনবা ব্রাহ্মণনা অপাম-মিহৌ য়াওদনা অসিগুম্বা মহা-পাতক অসি তৌরবদি নিংথৌনা মহাকপু মধ্যম-সাহসদণ্ড (ময়াই ওইনা কনবা দণ্ড) পীগনি অত্থুগা অপাম মিহৌনা মরম ওইত্তুনা তৌরম্লবদি মপোৎ-মচৈ অমদি মচা-মশূনচিংবা ঈমুংগী মী য়াওনা লৈবাক্কী তান্থোকখিগনি ॥ ২৪১ ॥

ইতরে কৃতবন্তস্ত পাপান্যেতান্তকামতঃ।
সর্ব্বস্বহারমর্হন্তি কামতস্ত প্রবাসনম্ ॥ ২৪২
নাদদীত নৃপঃ সাধুর্মহাপাতকিনো ধনম্।
আদদানস্তু তল্লোভাত্তেন দোষেণ লিপ্যতে ॥ ২৪৩
অপ্সু প্রবেশ্য তং দণ্ডং বরুণায়োপপাদয়েৎ।
শ্রুতবৃত্তোপপন্নে বা ব্রাহ্মণে প্রতিপাদয়েৎ ॥ ২৪৪
ঈশো দণ্ডস্য বরুণো রাজ্ঞাং দণ্ডধরো হি সঃ।
ঈশঃ সর্ব্বস্য জগতো ব্রাহ্মণো বেদপারগঃ ॥ ২৪৫
যত্র বর্জ্জয়তে রাজা পাপকৃদ্ভ্যো ধনাগমম্।
তত্র কালেন জায়ন্তে মানবা দীর্ঘজীবিনঃ ॥ ২৪৬

---

ক্ষেত্রিনা অপাম-মিহৌ য়াওদনা মহাপাতক তৌরম্লবদি মাগী মচাক-ময়ল পূম্নমক মৎকনি অতুগা অপাম-মিহৌ য়াওনা তৌরম্লবদি মখোয়বু লৈবাক্তগী তাম্থোকনি ॥ ২৪২ ॥

ধর্ম্ম চেনবা নিংথৌনা কৈদৌঙৈদসু মহাপাতক তৌবা মীশিং অসিদগী দণ্ডিগী মশক ওইনা থক শেল লৌরোইদবনি ; করিগুম্বা শেল পাম্মহুনা লৌরুরবদি নিংথৌ অদুস্থু মহাপাতক-কী দোষ ফংগনি ॥ ২৪৩ ॥

অতুগা করিগুম্বা মহাপাতক-কী দণ্ড ওইনা শেল লৌরুবা থোক্লবসু মহু ঈশিংদা লংথহুনা বরুণদা কথোকখিগনি নত্রগা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণদা দান তৌগনি ॥ ২৪৪ ॥

বরুণদি নিংথৌশিংগীসু দণ্ড পীবা লাই ওইবনা মাদি শেল অসি লৌবা গুম্বগী শক্তি লৈ ; অতুগা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণদি জগত অপুম্বগী মপুনি, মরম অহুনা মহাকসু শেল অদু লৌবা গুম্মী ॥২৪৫॥

পাপ তৌবা মীদগী নিংথৌনা শেল-থুম লৌদবা লৈবাক অদুদি—মীওইবনা মতম চানা পোকনা পুন্সী-কুম্ণাংবা হায়বহু ফাই ॥ ২৪৬ ॥

নিষ্পদ্যন্তে চ শস্যানি যথোপ্তানি বিশাং পৃথক্।
বালাশ্চ ন প্রমীয়ন্তে বিকৃতং ন চ জায়তে॥ ২৪৭
ব্রাহ্মণান্ বাধমানন্তু কামাদবরবর্ণজম্।
হন্যাচ্চিত্রৈর্বধোপায়ৈরুদ্বেজনকরৈর্নৃপঃ॥ ২৪৮
যাবানবধ্যস্য বধে তাবান্ বধ্যস্য মোক্ষণে।
অধর্মো নৃপতের্দৃষ্টো ধর্মস্তু বিনিযচ্ছতঃ॥ ২৪৯
উদিতোঽয়ং বিস্তরশো মিথো বিবদমানয়োঃ।
অষ্টাদশসু মার্গেষু ব্যবহারস্য নির্ণয়ঃ॥ ২৫০
এবং ধর্ম্ম্যাণি কার্য্যাণি সম্যক্ কুর্ব্বন্মহীপতিঃ।
দেশানলব্ধান্ লিপ্সেত লব্ধাংশ্চ পরিপালয়েৎ॥ ২৫১

---

বৈশ্যনা লৌবুক্তা হুনখিবা মরানা মামবা মরা অতম্মক থোক-হল্লকপগুম ; মতম চাদনা থক অঙাং-মুবী শিদে অমদি মিত্তাঙ্বা, মখোঙ্ তেকপা, মমিং নামা উদবা অসিনচিংবা মীওই চাদবা মীস্ত অমত্তা পোক্লকপা লৈতে॥ ২৪৭॥

শূদ্রনা করিগুম্বা তৌগে হায়বা য়াওনা ব্রাহ্মণবু মশা শোক্লা রাহল্লম্বা ( য়েবা চৈবা তৌরম্বা ) অতুগা শেল-থুম মৎপি-মুনবীরম্বা থোক্লবদি নিংথৌনা শূদ্র অদুবু মনা-মনাতোম্নচিংবা ককথত্তুনা য়াম্না য়ানা শিননবা তৌগনি॥ ২৪৮॥

হাৎফম থোক্তববু হাৎপগী নিংথৌনা ফংবা হৌনবা পাপ অদু হাৎকম থোকপা হাৎলুদবগীসু অতুম্মক মামনা ফংই। শাস্ত্রনা হায়বা মতুং ইন্না দণ্ডি তৌবনা নিংথৌগী ধর্ম্মনি॥ ২৪৯॥

মথল ১৮ থোক্লা থায়দোকলিবা শেম্বু-থুম্বুনচিংবগী মরমদা বাদী-বিবাদী অনিনা থৎনরকপগী রায়েন-বিচারগী মরম শন্দোক্লা হায়রবসিনি॥ ২৫০॥

ধর্ম্মগী মতুংইন্না নিংথৌনা অসুম তৌনা বাদী-বিবাদীগী রায়েন-বিচার তৌদুনা হায়া কনমদবা অনৌবা লৈবাক ফংদুনা

সম্যঙ্‌নিবিষ্টদেশস্তু কৃতদুর্গশ্চ শাস্ত্রতঃ।
কণ্টকোদ্ধরণে নিত্যমাতিষ্ঠেদ্‌যত্নমুত্তমম্‌ ॥ ২৫২
রক্ষণাদার্যবৃত্তানাং কণ্টকানাঞ্চ শোধনাৎ।
নরেন্দ্রাস্ত্রিদিবং যান্তি প্রজাপালনতৎপরাঃ ।২৫৩
অশাসংস্তস্করান্‌ যস্তু বলিং গৃহ্লাতি পার্থিবঃ।
তস্য প্রক্ষুভ্যতে রাষ্ট্রং স্বর্গাচ্চ পরিহীয়তে ॥ ২৫৪
নির্ভয়ন্তু ভবেদ্‌যস্য রাষ্ট্রং বাহুবলাশ্রিতম্‌।
তস্য তদ্বর্দ্ধতে নিত্যং সিচ্যমান ইব দ্রুমঃ ॥ ২৫৫
দ্বিবিধাংস্তস্করান্‌ বিদ্যাৎ পরদ্রব্যাপহারকান্‌।
প্রকাশাংশ্চাপ্রকাশাংশ্চ চারচক্ষুর্মহীপতিঃ। ২৫৬

---

অমদি মশাগী হান্না লৈজবা লৈবাকপুস্থ নিঙ্‌থিনা ঙাক্তুনা পানগনি ॥ ২৫১ ॥

অশুকপা ঊমং-রামংদা লানবন শাহ্বনা লৈরগা হুরান-চীষ্টী তৌবনচিংবা তিংখংগী মশক ওইরবা অপীকপা-য়েন্নবশিংবু লাকশিন্নবা মতম পুম্নমক্তা হোৎনগনি ॥ ২৫২ ॥

লমচৎ-ব্যবহার ফজবা-মীবু ঙাক্নবা অহুগা হুরানবা ডাকুননচিংবা তিংখং পুম্নমকপু মরু ফুক্তোক্নবগীদমক, প্রজাবু নিঙ্‌থিনা য়োকপিবদা মায়-ওনশিনবা নিংথৌশিং অহুদি শিরগা স্বর্গ ফংই ॥ ২৫৩ ॥

হুরানবা ডাকুনচিংববু লাকশিন্নবা তৌদবা অহুগা প্রজাশিংদগী খাজনা ওইনা পোংথোক্কী শন্নক ও থোকপগী শন্নক অমা লৌথংপদি তোক্তবা অহুগুম্বা নিংথৌ অদুবুদি প্রজাশিংনা শাউননবা ওই অহুগা স্বর্গ কংনবা লম্বীসু ককৃথি ॥ ২৫৪ ॥

প্রজা পুম্নমক্না মাগী মপান্থোম মখাদা খুপচহ্না অকিবা লৈতনা পান্নজবা ফংবা অহুগুম্বা নিংথৌগী লৈবাক অহুদি ঈশিং চাইবক্না [illegible] মথং চাওখৎলকই ॥ ২৫৫ ॥

নিংথৌনা [illegible] হুবা [illegible] অহুগা [illegible]

প্রকাশবঞ্চকাস্তেষাং নানাপণ্যোপজীবিনঃ।
প্রচ্ছন্নবঞ্চকাস্ত্বেতে যে স্তেনাটবিকাদয়ঃ ॥ ২৫৭
উৎকোচকাশ্চৌপধিকা বঞ্চকাঃ কিতবাস্তথা।
মঙ্গলাদেশবৃত্তাশ্চ ভদ্রাশ্চেক্ষণিকৈঃ সহ ॥ ২৫৮
অসম্যক্কারিণশ্চৈব মহামাত্রাশ্চিকিৎসকাঃ।
শিল্পোপচারযুক্তাশ্চ নিপুণাঃ পণ্যযোষিতঃ ॥ ২৫৯

---

( লোন্না মী খঙ্‌হন্দনা ) মীগী মপোৎ হুবা, হুরানবা মীশক অনিবু মশক মুন্না খঙ্‌গদবনি ॥ ২৫৬ ॥

মথলশিং অসিগী মরক্তা সনানচিংবা মথল মথলগী লম্লান-পোৎ ময়াম মমল হেন্না হেন্না লৌতুনা য়োনবা অত্থগা পোৎনা চাং হন্থনা পীবা—অসিগুম্বা মীশকশিং অসিদি ইফোং ফোংনা নমথাক তৌবা কাঙ্‌বুনি, অত্থগা মীবু থৎনহনবা চান্নহনবা তৌতুনা লোন্না হুরানবগী থবক তৌবা অমদি অশূকপা উমং-রামংনচিংবদা লৈরগা মীগী মরল হুরানবা—মখোয় অসিনা নমথাক তৌবতনা মনাৎ ওইনা হৈনরবা কাঙ্‌বুনি ॥ ২৫৭ ॥

শেনজা-থুমজা তৌবা মী, তাৎ ত্রোহুনা মীবু কিহল্লগা শেল লৌবা, শাজিন্নবা হায়বদি নত্তবা পোৎকা সনা অশেংবগা তাৎ তৌহুনা শিন্নবা মী, জ্বার শান্নবা মী, মীরৈহৎ তৌবা মী, অঙাং পোকপনচিংবগী অরানবা পাউ পীশিন্দুনা হয়াউহল্লগা মনা লৌবা মী, মঙ্গংদনা অরোনবা পাপ তৌরগা মপান্দনা লৈবাক-মচা অবা মীগী ফিজেৎ শেন্তুনা মীগী মরল হুরানবা মী, ঈক্ষণিক হায়বদি খুবাক ময়িনচিংবা য়েংহুনা অফ-ফত্ত হায়রগা চাবা মী অত্থগা শান্নু থৌবা মী ( মাহুত ) অমদি মাইবা শাবা মী, খুৎ-শা হৈবগী থবক্তা মীবু উৎসাহ পীশিন্নরগা শেল খোম্বা-মী, মীবু থামাইবা, হীগা য়েন্না শান্নবনচিংবা তৌবা মী অমদি বেশ্যা ওইবী (ওক্তবী) নুপী—মখোয় পুম্নমক অসি ইফোং-ফোংনা নমথাক তৌবা কাংবুনি ॥ ২৫৮—২৫৯ ॥

এবমাদীন্ বিজানীয়াৎ প্রকাশাল্লোক-কণ্টকান্।
নিগূঢ়চারিণশ্চান্যাননার্য্যানার্য্যলিঙ্গিনঃ॥ ২৬০
তান্ বিদিত্বা সুচরিতৈর্গূঢ়ৈস্তৎকর্ম্মকারিভিঃ।
চারৈশ্চানেকসংস্থানৈঃ প্রোৎসাদ্য বশমানয়েৎ॥ ২৬১
তেষাং দোষানভিখ্যাপ্য স্বে স্বে কর্ম্মণি তত্ত্বতঃ।
কুর্ব্বীত শাসনং রাজা সম্যক্ সারাপরাধতঃ॥ ২৬২
ন হি দণ্ডাদৃতে শক্যঃ কর্ত্তুং পাপবিনিগ্রহঃ।
স্তেনানাং পাপবুদ্ধীনাং নিভৃতং চরতাং ক্ষিতৌ॥ ২৬৩
সভা প্রপাপূপশালা বেশমদ্যান্নবিক্রয়াঃ।
চতুষ্পথাশ্চৈত্যবৃক্ষাঃ সমাজাঃ প্রেক্ষণানি চ॥ ২৬৪

---

মখোয় অসিবু মিৎনা উবা অফোংবা তিংখং নত্রগা শৌমক্কী মশক্কি খুঙ গনি। অসিগুম্বা মতাং-চাউবা মীশিং অসিগী মরম অমদি দ্বিজগী ফিজেৎ শেৎপা (দ্বিজ শাশিন্নবা) শূদ্রনচিংবগী মরম —অসি পূন্নমক অসি নিংথৌনা অরোনবা পাউ পুবা মনাইশিংদগী খুঙ দোক্কদবনি॥ ২৬০॥

অসিগুম্বা ফত্তবা থবক তৌবা মীশিং অদুবু নিংথৌনা, মতুগী থবক তৌবা মখল মখলগী গুপ্তচর (লোম্না মী খুঙ হন্দনা ঈ-পাউ লৌনবা থম্বা নিংথৌ মনাই) থাজিন্দুনা অপাম্বা উৎহন্দুনা খুত্থম চন্নশিলহনগনি॥ ২৬১॥

নিংথৌনা অহুগুম্বা নমথাক তৌহুনা চাবা মীওইশিং অদুবু ক্কারগা মানা মানা তৌবা ফত্তবা থবক্কী দোষ পূন্নমক প্রজাদা উত্তুনা খুঙ হল্লগা মথংদা মখোয় মখোয়গী মরালগী অরূম-অয়াং য়েংহুনা দণ্ড তৌগনি॥ ২৬২॥

অসিগুম্বা হুরানবা, পাপকী লৌশিং তৌবা অমদি অকবা শাশিন্নহুনা ইকোং-কোংনা চৎপা মীশিং, অসিবু মডিক খোকপা চৈরাক্না লাক্কু বদি পাপকী থবক তোকউ হায়বা থক য়াদে॥ ২৬৩॥

সভা, ঈশিং লৌকফম, তল-খা-য়োনবা দোকান, ওক্কবী মঙ্গল,

জীর্ণোদ্যানান্যরণ্যানি কারুকাবেশনানি চ।
শূন্যানি চাপ্যগারাণি বনান্যুপবনানি চ ॥ ২৬৫
এবং বিধান্ নৃপো দেশান্ গুল্মৈঃ স্থাবরজঙ্গমৈঃ।
তস্কর প্রতিষেধার্থং চারৈশ্চাপ্যনুচারয়েৎ ॥ ২৬৬
তৎসহায়ৈরনুগতৈর্নানাকর্ম্মপ্রবেদিভিঃ।
বিদ্যাদুৎসাদয়েচ্চৈব নিপুণৈঃ পূর্ব্বতস্করৈঃ ॥ ২৬৭
ভক্ষ্যভোজ্যোপদেশৈশ্চ ব্রাহ্মণানাঞ্চ দর্শনৈঃ।
শৌর্য্যকর্ম্মাপদেশৈশ্চ কুর্য্যুস্তেষাং সমাগমম্ ॥ ২৬৮

---

য়ু অমদি চাক-নচিংবা য়োনফম, লমলোঙ্ মরি ফাংবা মফম, চাউ-থোইবা উ-পাম্বীগী মথা, মীয়াম তিনবা মফম, লীলা শায়ফম ॥২৬৪॥

য়ুম অমনবা, অশূকপা মফম, হৈনোবন, মী লৈত্রবা য়ুম, বন অমদি খুৎশেমগী বন ॥ ২৬৫ ॥

মফমশিং অসিদা হুরান-চীঙ্খী ঙাক্লবগীদমক লেঙ্দনা লৈবা অমদি কোয়না অসুম চত্তুনা মিৎকুপ-নাহুম য়েংবা লাম্মী অমদি অরোনবা পাউ পুবা মী ( চর ) থমতুনা শেন্নহনগদবনি ॥ ২৬৬ ॥

হুরানবা ডাকুগী মতেং পাংবা, মথোয়গী মতুংইনবা অমদি হুরান শাজৎ চত্তুনা মীবু থৎনবা-চান্নবা তৌহনবদা হৈশিংবা নত্রগা হান্না হুরান-চীঙ্খীগী থবক তৌরম্বা মী—অসিগুম্বা মীবু, নমথাক তৌবদা হৈশিংবা মীওই শীজিন্নতুনা নিংথৌনা হুরানবা ডাকুগী মরম খঙ্নবা হোৎনগনি অতুগা হুরানবা মীগী মচাক-মরল পুন্নমক অমত্তা থাক্তনা মত্তুনা লৌশিনগনি ॥ ২৬৭ ॥

হুরাল্লম্বদগী হুজীরক্লা নিংথৌ মনাই ওইরবা অতুগুম্বা মীওই থাজিন্দুনা চৎশি চৎলু, মফম অতুদা হাউরবা তল অমদি কীরনচিংবা চাবা ফংগনি; মফম অতুদা লৈবা ব্রাহ্মণ অতুদি মানা মানা থিঙ্বা পুন্নমক থুংনবা ঙম্মী অমসুং থবকী অমাঙ্-অতোং পুন্নমক শিৎ-শীৎনা হায়ব ঙম্মী—মাগী মনাক্তা চৎলুসি; মফম অতুদা অকনবা লিপা অমা লাক্লে, মহাকপু নিপা ৫০ নম্মু পাবা ঙমদে, য়েৎলুজি—

যে তত্র নোপসর্পেয়ুর্মূলপ্রণিহিতাশ্চ যে।
তান্ প্রসহ্য নৃপো হন্যাৎ সমিত্রজ্ঞাতিবান্ধবান্ ॥ ২৬৯
ন হোঢেন বিনা চৌরং ঘাতয়েদ্ধার্ম্মিকো নৃপঃ।
সহোঢং সোপকরণং ঘাতয়েদবিচারয়ন্ ॥ ২৭০
গ্রামেষ্বপি চ যে কেচিচ্চৌরাণাং ভক্তদায়কাঃ।
ভাণ্ডাবকাশদাশ্চৈব সর্ব্বাংস্তানপি ঘাতয়েৎ ॥ ২৭১
রাষ্ট্রেষু রক্ষাধিকৃতান্ সামন্তাংশ্চৈব চোদিতান্।
অভ্যাঘাতেষু মধ্যস্থাঞ্ছিষ্যাচ্চৌরানিব দ্রুতম্ ॥ ২৭২

---

অমিনচিংবা অহাউবা পোৎ চাগনি হায়বনচিংবগী অপাম্বা উত্তনা অকাওবা ব্রাহ্মণগী মনাক্তনি হায়শিন্নতুনা অমদি অকনবা নিপাগী মশৌনা উহনগে হায়বনচিংবা তাং তৌতুনা ফত্তবা মীশিং অদুবু পুহল্লকনি ॥ ২৬৮ ॥

মওঙ্ অসুন্না মী থাজিল্লবদসু মখোয়না চিংনতুনা লাক্তবা অমদি দণ্ডি ফংগনি হায়না কিতুনা নিংথৌগী চর অতুগা নকশিন্নখি-ত্রবা অতুগুম্বা মীওইশিং অতুদি মতূ-মচানচিংবা শাগৈ-নাতৈ লোয়-ননা তুম্না হাৎকনি ॥ ২৬৯ ॥

হূরানপোৎ অমদি শগুণ-থাঙ্নচিংবা হূরানবগী থূৎসু-থূৎলাই-নচিংবা ফংদবদগী হূরানবনি হায়না অরেপ্পা খঙ্বা ওমত্রবদি ধর্ম্ম-চেনবা নিংথৌনা মহাকপু হাৎপা তৌরোইদবনি ; অতুগা মতিক চাবা প্রমাণ ফংলবদি বিচার অমুক তৌত্রবসু মহাকপু হাত্তোক-দবনি ॥ ২৭০ ॥

খুল্লকী কনাগুম্বা মী অমনা খঙ্না খঙ্নমক হূরানবসু পীজ-পীথক তৌরম্লবা নত্রগা হূরানবগী থূৎসু-থূৎলাই থম্লবা নত্রগা হূরানববু লৈহনম্লবা অতু ওইরবদি নিংথৌনা মখোয়বুসু হাৎ-কনি ॥ ২৭১ ॥

লৈবাক ঙাকপগী থবক তৌনবা হাল্লা নিংথৌমনাইশিংনো অমদি খাদোই-ময়দা লৈবা ঙাক-শেনবা কাওবুনা মপাবদি ফত্তবা

যশ্চাপি ধর্মসময়াৎ প্রচ্যুতো ধর্মজীবনঃ।
দণ্ডেনৈব তমপোষেৎ স্বকাদ্ধর্মাদ্ধি বিচ্যুতম্॥ ২৭৩
গ্রামঘাতে হিতাভঙ্গে পথি মোষাভিদর্শনে।
শক্তিতো নাভিধাবন্তো নির্বাস্যাঃ সপরিচ্ছদাঃ॥ ২৭৪
রাজ্ঞঃ কোষাপহর্তৄংশ্চ প্রতিকূলেষু চ স্থিতান্।
ঘাতয়েদ্বিবিধৈর্দণ্ডৈররীণাং চোপজাপকান্॥ ২৭৫
সন্ধিং ছিত্ত্বা তু যে চৌর্যং রাত্রৌ কুর্বন্তি তস্করাঃ।
তেষাং ছিত্ত্বা নৃপো হস্তৌ তীক্ষ্ণশূলে নিবেশয়েৎ॥ ২৭৬

---

থবক তৌরুবা নত্তনা তূবানবগী থবক্তা পাউতা॰ পীবনচিংবা তৌরম্ন-বদি মখোয়বুস্থু নিংথৌনা অকনবা চৈরাক পীগনি ॥ ২৭২ ॥

যজমান চাহুনা মাগী যাগ, যজ্ঞ তৌহুনা অমদি দাননচিংবা তৌহন্দুনা মথরায় গিংনবা—ধর্ম্মগী থবক তৌহুনা চাবা ব্রাহ্মণনা মশাগী মনাং থাদোক্লস্বা থোক্লবদি নিংথৌনা মহাক অদুবুস্থু দণ্ডি পীগনি ॥ ২৭৩ ॥

হূরানবা ডাকু ক'ঙ্‌বুনা থুঙ্গঙ্‌দা লুট-পাৎ তৌগ, থোং থুদেকপা, লম্বী-লমখাঙ্‌দা পেৎ-লাক-শেল্লাক তৌবা অসি পূম্নমক উরবমক্তদা মখোয়বু ফাননবা চেনশিন্দবা মীশিং অদুবুস্থু নিংথৌনা মতূ-মচা য়াওনা মরৈবাক্তগী তান্থোক্কদবনি ॥ ২৭৪ ॥

সনা-লনগৈদগী শেল হূরানবা, নিংথৌগী য়াথং থোশাদবা, নিংথৌগী য়েক্লবা মশীং হেনগৎনবা হোৎনবা, মখোয় অদুবু মরাল মতুংইন্না মখোঙ্‌-মথুং ককথৎপনচিংবা মথক্ত মখা অয়াম্বা দণ্ডি পীহুনা হাংকনি ॥ ২৭৫ ॥

অহিংদা শগুণ তৌহুনা হূরানবা মী অহুগী মখুৎ অনিমক ককথৎলগা নিংথৌনা মহাকপু অথৌবা ত্তা-জীন মথক্তা থম-গনি ॥ ২৭৬ ॥

অঙ্গুলী গ্রন্থিভেদস্য ছেদয়েৎ প্রথমে গ্রহে।
দ্বিতীয়ে হস্তচরণৌ তৃতীয়ে বধমর্হতি ॥ ২৭৭
অগ্নিদান্ ভক্তদাংশ্চৈব তথা শস্ত্রাবকাশদান্ ।
সন্নিধাতৃংশ্চ মোষস্য হন্যাচ্চৌরমিবেশ্বরঃ ॥ ২৭৮
তড়াগভেদকং হন্যাদপ্সু শুদ্ধবধেন বা ।
তদ্বাপি প্রতিসংস্কুর্য্যাদ্দাপ্যস্তূত্তমসাহসম্ ॥ ২৭৯
কোষ্ঠাগারায়ুধাগার-দেবতাগারভেদকান্ ।
হস্ত্যশ্ব-রথহর্ত্তৃংশ্চ হন্যাদেবাবিচারয়ন্ ॥ ২৮০

---

ক্ষৌজ্রি-কিশিনচিংবা থোক্তুনা নত্রগা চপ্তুনা সনানচিংবা হুবা মী অদুবু অহানবদদি খুৎপী খুদোম্বী ককৃথৎলগা তোক্কনি, অনিরক শুরকপদনা মখোঙ-মখুৎ কক্কনি অহুম্নক শুবদনা মথরায় লোগনি ॥ ২৭৭ ॥

শগুণ তোবা অমদি পোৎ-লাকপা হূয়ানবনি হায়বা খঙনা খঙনা মহাক অদুবু নিংথম্বা কোক্কবা মৈ য়াইহনবা নত্রগা চাক পীজবা নত্রগা খুৎলাই অমদি থুপফম পীবা নত্রগা হূয়ান-পোৎ-য়াবা —অসিগুম্বা মীওইস্মু নিংথৌনা হুয়ানবা মীগা মাম্বনা দণ্ডি তৌগনি ॥ ২৭৮ ॥

মী অয়াম্বগী থক্ক চানবা অমদি ঈরু-মায়থজনবা থম্বা ঈশিং লৈকম পুখ্রীনচিংবগী থোং, থোংগ্রানচিংবা থুদেক্তুনা মাঙহনবা মীশিং অদুবু নিংথৌনা ঈশিংদা নমশিন্দুনা নত্রগা অতোপ্পা উপায় অমা তৌদুনা হাত্তোক্কনি ; অত্তুগা মহাক্না অতেক-অকায়নচিংবা অমুক নিঙথিনা শেমজিন্নরবদি মহাকপু 'উত্তম-সাহস-দণ্ড (অহকপা দণ্ডি ) তৌরগা তোকপিগনি ॥ ২৭৯ ॥

নিংথৌগী ফৌগৈ, লনগৈ, মেগজীং অমদি লাইশঙনচিংবা থুগায়দুনা মাঙহনবা নত্রগা নিংথৌদগী শগোল, শাম্ম, রথ দোলাই-নচিংবা হূয়ানবা— মখোয় অদুবু নিংথৌনা ভম্বরৈ থুনা হাৎক-দবনি ॥ ২৮০ ॥

যস্ত পূর্ব নিবিষ্টস্য তড়াগস্যোদকং হরেৎ।
আগমং বাপ্যপাং ভিন্দ্যাৎ স দাপ্যঃ পূর্ব্বসাহসম্ ॥ ২৮১
সমুৎসৃজেদ্রাজমার্গে যস্ত্বমেধ্যমনাপদি।
স দ্বৌ কার্ষাপণৌ দদ্যাদমেধ্যঞ্চাশু শোধয়েৎ ॥ ২৮২
আপদ্গতোঽথবা বৃদ্ধো গর্ভিণী বাল এব বা।
পরিভাষণমর্হন্তি তচ্চ শোধ্যমিতি স্থিতিঃ ॥ ২৮৩
চিকিৎসকানাং সর্ব্বেষাং মিথ্যাপ্রচরতাং দমঃ।
অমানুষেষু প্রথমো মানুষেষু তু মধ্যমঃ ॥ ২৮৪
সংক্রমধ্বজযষ্টীনাং প্রতিমানাঞ্চ ভেদকঃ।
প্রতিকুর্য্যাচ্চ তৎ সর্ব্বং পঞ্চ দদ্যাচ্ছতানি চ ॥ ২৮৫

---

লৌ-ঈশিং চাইনবা অমদি প্রজাশিংনা থক্ক-চানবা শেমহুনা থম্বা পুখ্রীনচিংবগী ঈশিং হূরানবা নত্রগা পল থিংহুনা ঈশিংগী লম্বী থৎপা মথোয় অদুবু নিংথৌনা প্রথম-সাহস দণ্ড ( অহানবা মথলগী চৈরাক ) তৌগনি ॥ ২৮১ ॥

খুদোং থীবা মতমস্থ নত্তনা অফোঙ্বা লমজাউ-শোয়োক মথক্তা অমাং-অশোয় তৌশিনবা ( মথী-ময়ুং ) মী অদুবু কার্ষাপণ অনি জরি তৌরগা লম্বীদগী মথী-ময়ুং অহু নমহুনা মশাবু শেংদোক-হনগনি ॥ ২৮২ ॥

অনাবা মী, অহল ওইরবা মী, মীয়োনবী-নূপী নত্রগা অঙাংনা লমজাউদা অসুম্না অমাং-অশোয় তৌশিল্লবদি মথোয়বু চুম্না চৈহৎ-লগা তোক্কনি অহুগা অমাং-অশোয় অহুদি মথোয় মথোয়বু শেং-দোকহনগনি ॥ ২৮৩ ॥

অনাবা-লাইওঙ থঙ্দনা লাইয়েংশিন্নরম্বা অমদি শা-ষণল-চিংববু লাইয়েং চুমদনা য়েংলম্বা মীশিংবু মথংশিংনা মধ্যম অমদি প্রথম সাহস দণ্ড ( ময়ায় ওইবা অমদি অহানবা মথলগী ) পীগনি ॥ ২৮৪ ॥

ঈশিং লান্দুনা চৎননবা উ নত্রগা নুংগী পল নত্রগা থোং,

অদূষিতানাং দ্রব্যাণাং দূষণে ভেদনে তথা।
মণীনামপবেধে চ দণ্ডঃ প্রথমসাহসঃ॥ ২৮৬
সমৈর্হি বিষমং যস্তু চরেদ্বৈ মূল্যতোঽপি বা।
স প্রাপ্নুয়াদ্দমং পূর্ব্বং নরো মধ্যমমেব বা॥ ২৮৭
বন্ধনানি চ সর্ব্বাণি রাজমার্গে নিবেশয়েৎ।
দুঃখিতা যত্র দৃশ্যেরন্ বিকৃতাঃ পাপকারিণঃ॥ ২৮৮
প্রাকারস্য চ ভেত্তারং পরিখাণাঞ্চ পূরকম্।
দ্বারাণাঞ্চৈব ভঙ্‌ক্তারং ক্ষিপ্রমেব প্রবাসয়েৎ॥ ২৮৯

---

নিংথৌগী সনথোঙ্দা থেংপা জাতিগী ফীয়াল, পুথ্রী, অমদি অশাবা মুত্তিনচিংবা—মাঙ্হন-তাকহল্লম্বা মী অদুবু নিংথৌনা পণ ৫০০ য়াকোংহনগনি অদুগা মহাকপু পোৎ পুম্নমক অদু নৌনা অমুক শিংহনগনি॥ ২৮৫॥

অফবা পোৎতা ফত্তবা য়ানশিন্দুনা ফৎহন্দ্রবদি নত্রগা কায়হন-থোৎহল্লম্লবদি, মণিমুক্তানচিংবা মচেৎ তাহল্লম্লবদি নত্রগা পোহাল-নচিংবা হুৎপদা মফম শোয়রম্লবদি নিপা অদুবু প্রথম সাহস দণ্ড তৌগনি অদুগা মাঙ্লিবা পোৎ অদুগী ক্ষতিপূরণ পীহনগনি॥২৮৬॥

চপ মান্নবা মমল পীবা মীদা অফ কত্ত নাইনা পোৎ পীবা নত্রগা মমল মান্নবা পোৎতা অমদনা তাথনা অমদনা হেনগৎনা য়োনবা—অসিগুম্বা মীবু মরালগী অরোম অয়াং য়েংহনা মহুগী মতিক চাবা প্রথম সাহস নত্রগা মধ্যম সাহসকী দণ্ড পীগনি॥ ২৮৭॥

কৈগুম-শঙ্নচিংবা মীকা-মীপুন-তৌফম-শঙ্ পুম্নমক শোয়রোক ময়াদা মী পুম্নমক্না উগদবা মফমদা শাগনি—মহুনা য়ারবা, ফিবম ক্কায়রবা পাপকী থবক তৌবশিং অদুবু মীয়াম্না উগনি॥ ২৮৮॥

যুম নত্রগা দলামচিংবগী ফক্লাং থুগায়বা, কৈপাক্কা থাঙপাৎ কুজিল্লবা নত্রগা থাঙপাৎকী থোঙ্ থুদেক্লবা অদুগুম্বা মী অমুদি থুনম্না নিংথৌনা লোইরী থাগনি॥ ২৮৯॥

অভিচারেষু সর্ব্বেষু কর্ত্তব্যো দ্বিশতো দমঃ।
মূলকর্ম্মণি চানাপ্তেঃ কৃত্যাসু বিবিধাসু চ ॥ ২৯০
অবীজবিক্রয়ী চৈব বীজোৎক্রুষ্টা তথৈব চ।
মর্য্যাদাভেদকশ্চৈব বিকৃতং প্রাপ্নুয়াদ্বধম্ ॥ ২৯১
সর্ব্বকণ্টকপাপিষ্ঠং হেমকারন্তু পার্থিবঃ।
প্রবর্ত্তমানমন্যায়ে ছেদয়েল্লবশঃ ক্ষুরৈঃ ॥ ২৯২
সীতাদ্রব্যাপহরণে শস্ত্রাণামৌষধস্য চ।
কালমাসাদ্য কার্য্যঞ্চ রাজা দণ্ডং প্রকল্পয়েৎ ॥ ২৯৩
স্বাম্যমাত্যৌ পুরং রাষ্ট্রং কোষদণ্ডৌ সুহৃৎ তথা।
সপ্ত প্রকৃতয়ো হ্যেতাঃ সপ্তাঙ্গং রাজ্যমুচ্যতে ॥ ২৯৪

---

অতোপ্পা মীবু হাৎনবগীদমক্তা মথল-মথা অয়াম্বা হিংসাগী থবক তৌবা, মীবু শুঙ্কৎনবা অমদি থামাইবনচিংবা তৌহনা রাহনবা অসিনচিংবা তৌবা মীদি পণ ২০০ রাকোংহনগনি ॥ ২৯০ ॥

ময়োন চোংলরোইদবা মরু-মরাংবু অফবনি, শোয়দনা হোগ-দবনি হায়জিন্দুনা য়োনবা নত্রগা অচঙ্বা মক্ত মরক্তা অহাম্বা মথে য়ানশিল্লগা অচঙ্বা ঙাক্তনি হাযনা তাৎ তৌত্বনা য়োনবা অমদি থুনগী লমদাই মাঙ্হনবা মী অদুবু নিংথৌনা মনা, মনাতোন, মথূৎ অমদি মথোঙ্নচিংবা ককথত্তূনা দণ্ড তৌগনি ॥ ২৯১ ॥

অসিগুম্বা তিংখংগুম্বা পাপীশিং অসিগী মরক্তা সনা শূবনা অথোইবনি, মরম অত্থনা সনা হুরানবনচিংবা থবক তৌরম্লবদি মী অদুবু নিংথৌনা শমকোক-থাঙ্না মচেৎ মচেৎ শোইনবা য়াথং পীগনি ॥ ২৯২ ॥

লৌ খোইনবা মপোৎ— পোৎপু-লাঙ্গলনচিংবা, থূৎলাই অমদি হিদাক-লাংথক—অসিনচিংবা হুবগীদি মতম অমসুং পোৎ অদুগী কাম্নবা-কামদবা মূমা থল্লগা অরাম-অয়াং নাইনা দণ্ড পীগনি ॥২৯৩॥

নিংথৌ, মন্ত্রী, কোহুং ( লানবন ), লৈবাক, লনথৈ, শগোল, শাম্, রথ অমদি লাম্বী ( ভেংগোল ) অমসুং মরূপ-মপিজা

সপ্তানাং প্রকৃতীনান্তু রাজ্যস্তাসাং যথাক্রমম্।
পূর্ব্বং পূর্ব্বং গুরুতরং জানীয়াদ্ব্যসনং মহৎ ॥ ২৯৫
সপ্তাঙ্গস্যেহ রাজ্যস্য বিষ্টব্ধস্য ত্রিদণ্ডবৎ।
অন্যোন্যগুণবৈশেষ্যান্ন কিঞ্চিদতিরিচ্যতে ॥ ২৯৬
তেষু তেষু তু কৃত্যেষু তত্তদঙ্গং বিশিষ্যতে।
যেন যৎ সাধ্যতে কার্য্যং তত্তস্মিন্ শ্রেষ্ঠমুচ্যতে ॥ ২৯৭
চারেণোৎসাহযোগেন ক্রিয়য়ৈব চ কর্ম্মণাম্।
স্বশক্তিং পরশক্তিঞ্চ নিত্যং বিদ্যান্মহীপতিঃ ॥ ২৯৮

---

* (সহায়)—৭ অসিবু লৈবাক্কী হকচাং কায়াৎনি হায়বা য়াই, মরম অহুনা লৈবাকপু কায়াৎ তরেৎনা শাই হায়না লৌনবা য়াই ॥২৯৪॥

অসিগুম্বা 'প্রকৃতি' হায়রগা খঙনবা কায়াৎ ( অঙ্গ ) তরেৎ অসিগী মনুংদা, মথক মথক থংবা কায়াৎপু মাঙহন্নবা হোৎনবা হায়বসি য়াম্নমক অহকপা ওই হায়বসি খঙগদবনি ॥ ২৯৫ ॥

সন্ন্যাসীশিংনা পায়বা ত্রিদণ্ড ( চৈ অহুম পুনশিন্নহুনা মপূম অমা শাবা ) গী মরক্তা দণ্ড অমত্তনা হেনবা লৈতবগুম হায়বিবা কায়াৎ তরেৎ অসিদসু অমনা পূমহেন হেনবা অমত্তা য়াওদে—মথোয় মশেল অমনা অমবু তেংবাংনবনা চপ মান্নবা মওঙদা লৈ ॥ ২৯৬ ॥

অহুমদি ওইরগা থবক থবক্কী মতুংইন্না করিগুম্বা কায়াৎ অমনা পাঙথোকফম থোকপা মথৌ অহুদদি কায়াৎ অহুনা অথোই-বনি ॥ ২৯৭ ॥

অধ্যায় ৭ গুবদা হায়খ্রবা "কাপটিক' নচিংবা অরোনবা পাউ চৎপা মী থাজিন্দুনা অমসুং অকল-অথৌগী হৈনিঙবা হেনগৎ-হন্দুনা অমদি মশাগী থবক পূম্নমক য়েংশিন্দুনা নিংথৌনা মতম পূম্ন-মক্তা য়েক্লবগী মপাংগল অহুগা মশাগী শক্তি অনিমক মুন্না খঙ-দোক্কদবনি ॥ ২৯৮ ॥

---

* অধ্যায় ৭ দু য়েংউ।

পীড়নানি চ সর্ব্বাণি ব্যসনানি তথৈব চ।
আরভেত ততঃ কার্য্যং সঞ্চিন্ত্য গুরুলাঘবম্ ॥ ২৯৯
আরভেতৈব কর্ম্মাণি শ্রান্তঃ শ্রান্তঃ পুনঃ পুনঃ।
কর্ম্মাণ্যারভমাণং হি পুরুষং শ্রীর্নিষেবতে ॥ ৩০০
কৃতং ত্রেতাযুগঞ্চৈব দ্বাপরং কলিরেব চ।
রাজ্ঞো বৃত্তানি সর্ব্বাণি রাজা হি যুগমুচ্যতে ॥ ৩০১
কলিঃ প্রসুপ্তো ভবতি স জাগ্রদ্দ্বাপরং যুগম্।
কর্ম্মস্বভ্যুদ্যতস্ত্রেতা বিচরংস্তু কৃতং যুগম ॥ ৩০২

---

মহামাবীনচিংবা ( অনাবা অচৌবা ) লায়না, নত্রগা অতোপ্পা মখল মখলগী ওৎপ-নৈবা য়াবা মফমশিং অমদি মশাগী অমসুং য়েক্ল-বগী লান্মীগীদমক শারিবা ব্যুহ ( বেহ্ছ ) অতুগী অফ-ফত্তনচিংবা—পুন্নমক অসিগী অথোই-অহেন্নচিংবা কৃপ্পা খল্লগা নিংথৌনা সন্ধি নত্রগা লানগী থবক চথগনি ॥ ২৯৯ ॥

নিংথৌনা ময়েবাক চাওখৎনবা অমদি মীয়েবাক্কী কাংথোং চাইনবা হন্না হন্না হোৎনবদা য়ারবসু অমুক হেক্তমক পায়খৎক-দবনি ; মরমদি হেক্তমক থবক পায়খৎপা নিপাদি হায়বদি পায়রুরবা থবক্তা হন্না হন্না অরাবা চোক্‌থবা নাইরবসু মহে ফংদনা তোক্তবা মী অতুগী মকাদদি—লক্ষ্মী মশামক্না চঙ্‌জরক্তূনা মাপ্পী শেগাদা হেক্তমক থূপলৈ ॥৩০০॥

সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমসুং কলি—যুগ মরি অসিমক নিংথৌ নিংথৌদগী থোকখিবনি মরম অতুনা নিংথৌবু 'যুগ' হায়না খঙ্‌নবসু য়াই ॥ ৩০১ ॥

খঙ্‌দবদগী অমদি তনবদগী তুমখুন হুন্দুনা লৈবগুম নিংথৌনা বিষয় ফংগদবা থবক্তা হৈনিঙ্‌ঙ্গ্রবদি মতম অতুদা 'কলিযুগ' ওই ; মহাক্না মিৎকপ থোক্লিঙৈ হায়বদি থবক্কী অফবা ফত্তবা মরম খঙ্‌ন-খঙ্‌নমক থবক অমত্তসু তৌদনা লৈথোকপা মতম অতুদনা 'দ্বাপর' যুগনি ; লৈবাক ঙাকপগী থবক নিঙ্‌থিনা তৌরিঙৈ অতুনা 'ত্রেতা'নি

ইন্দ্রস্যার্কস্য বায়োশ্চ যমস্য বরুণস্য চ।
চন্দ্রস্যাগ্নেঃ পৃথিব্যাশ্চ তেজোবৃত্তং নৃপশ্চরেৎ ॥ ৩০৩
বার্ষিকাংশ্চতুরো মাসান্ যথেন্দ্রোঽভিপ্রবর্ষতি।
তথাভিবর্ষেৎ স্বং রাষ্ট্রং কামৈরিন্দ্রব্রতং চরন্ ॥ ৩০৪
অষ্টৌ মাসান্ যথাদিত্যস্তোয়ং হরতি রশ্মিভিঃ।
তথা হরেৎ করং রাষ্ট্রান্নিত্যমর্কব্রতং হি তৎ ॥ ৩০৫
প্রবিশ্য সর্ব্বভূতানি যথা চরতি মারুতঃ।
তথা চারৈঃ প্রবেশ্টব্যং ব্রতমেতদ্ধি মারুতম্ ॥ ৩০৬
যথা যমঃ প্রিয়দ্বেষ্যৌ প্রাপ্তকালে নিযচ্ছতি।
তথা রাজ্ঞা নিয়ন্তব্যাঃ প্রজাস্তদ্ধি যমব্রতম্ ॥ ৩০৭

---

অদুগা নিংথৌনা, শাস্ত্রনা হায়বা ধর্ম্মগী থবক তৌদুনা মনিঙ্ ভৌনা চৎথোক-চৎশিন তৌবা মতম অদুনা 'সত্যযুগ' নি ॥ ৩০২ ॥

নিংথৌদি—ইন্দ্র, সূর্য্য, বায়ু, যম, বরুণ, চন্দ্র, অগ্নি, পৃথিবী —মথোয় অসিগী বীর্য্যগী মশক ওইবা লমচৎ চৎকদবনি ॥ ৩০৩ ॥

হায়বদি ইন্দ্রনা ইগেন থাদগীনা মেরা ফাওবদা—থা ৪ অসিদা মহৈ-মরোং চাওখৎহন্নবগীদমক নোং মরাং কায়না ফংহনবীবগুম্না ইন্দ্রব্রতধারণ তৌবা নিংথৌসু প্রজাশিংনা নিজবা পূন্নমক পীনবীগনি ॥ ৩০৪ ॥

সূর্য্যদেব ( নুমিৎ কৌবা লাই ) না হিয়াঙ্গৈনচিংবা থা চদা মাগী মতান্না পৃথিবীগী রস থজীক থজীক চুপথৎপগুম, সূর্য্যব্রতধারণ তৌবা নিংথৌসু মরৈবাক্তগী খাজনা থর থরতমক থোমগৎকনি ॥ ৩০৫ ॥

বায়ুদেব (নুংশিৎ) না থরায় পানবা পূন্নমক্তা চঙ্ দুনা লৈবগুম নিংথৌসু গুপ্তচরশিংগী মতেংনা মরৈবাক অমদি মীয়ৈবাক মনুংদা চঙ্ দুনা লৈবাক্কী য়াথেন-থৌদাগী মরম কূপ্না য়েংগনি—মসিবু 'বায়ুব্রত' কৌই ॥ ৩০৬ ॥

যমনা, চায়বা য়েক্নবা নাইদনা মাগী মাগী 'মতমনা তুরবদা

বরুণেন যথা পাশৈর্বদ্ধ এবাভিদৃশ্যতে।
তথা পাপান্নিগৃহ্নীয়াদ্‌ব্রতমেতদ্ধি বারুণম্‌॥ ৩০৮
পরিপূর্ণং যথা চন্দ্রং দৃষ্ট্বা হৃষ্যন্তি মানবাঃ।
তথা প্রকৃতয়ো যস্মিন্‌ স চান্দ্রব্রতিকো নৃপঃ॥ ৩০৯
প্রতাপযুক্তস্তেজস্বী নিত্যং স্যাৎ পাপকর্ম্মসু।
দুষ্টসামন্তহিংস্রশ্চ তদাগ্নেয়ং ব্রতং স্মৃতম্‌॥ ৩১০
যথা সর্ব্বাণি ভূতানি ধরা ধারয়তে সমম্‌।
তথা সর্ব্বাণি ভূতানি বিভ্রতঃ পার্থিবং ব্রতম্‌॥ ৩১১

---

পুন্নমক্তা চপ মান্নবা রায়েন-চৈরাক পীবগুম নিংথৌশু প্রজাশিংগী রায়েন-চৈরাক তৌগনি—মসিগী মমিংনা 'যম-ব্রত' হায়না কৌই॥ ৩০৭॥

বরুণ-পাশনা মতিক-চারবা মরাল লৈবা মীবু চিংনবা লৈতনা ক্রক ক্রক লাকশিন্দুনা পুনবদা মী পুন্নমক্তা উনবা ফংবগুম নিংথৌশু পাপীশিংবু, হেক লাকপা ঙমদ্রিবা ফাওবা অরা-অনা পীগনি—মসিবু মহাক্কা "বরুণব্রত" হায়না কৌই॥ ৩০৮॥

পূর্নিমাগী থানিন উরগা মীনা হরাউনবগুম মাবু ফংজবদা প্রজাশিংনা হরাউজবা অতুগুম্বা নিংথৌবু "চন্দ্রব্রত-ধারী" হায়না কৌই॥ ৩০৯॥

নিংথৌদি—পাপকী থবক তৌবা মীগী মকাদা অকনবা মৈশা ওইগনি, মাগী মাঙনবা শীনবা ফত্তবা অঙম-অথৌশিংগী মফমদনা মিনুংশি থঙদবা মীওই ওইগনি—মত্তৌ অসিবুনা 'আগ্নেয়ব্রত' কৌই॥ ৩১০॥

লৈপাক লৈমনা থরায় পানবা পুন্নমকপু চপ মান্ননা মথাদা কোনশিনবীবগুম নিংথৌশু প্রজা পুন্নমকপু চপ মান্নবা য়োকশি-গনি,—মসিনা নিংথৌগী 'পৃথিবীব্রত' নি॥ ৩১১॥

এতৈরুপায়ৈরন্যৈশ্চ যুক্তো নিত্যমতন্দ্রিতঃ।
স্তেনান্ রাজা নিগৃহ্নীয়াৎ স্বরাষ্ট্রে পর এব চ ॥ ৩১২
পরমাপ্যাপদং প্রাপ্তো ব্রাহ্মণান্ ন প্রকোপয়েৎ।
তে হ্যেনং কুপিতা হন্যুঃ সদ্যঃ সবলবাহনম্ ॥ ৩১৩
যৈঃ কৃতঃ সর্ব্বভক্ষ্যোঽগ্নিরপেয়শ্চ মহোদধিঃ।
ক্ষয়ী চাপ্যায়িতঃ সোমঃ কো ন নশ্যেৎপ্রকোপ্য তান্ ॥
লোকানন্যান্ সৃজেয়ুর্যে লোকপালাংশ্চ কোপিতাঃ।
দেবান্ কুর্য্যুরদেবাংশ্চ কঃ ক্ষিণ্বংস্তান্ সমৃধ্নুয়াৎ ॥ ৩১৫
যানুপাশ্রিত্য তিষ্ঠন্তি লোকা দেবাশ্চ সর্ব্বদা।
ব্রহ্মচৈব ধনং যেষাং কো হিংস্যাত্তান্ জিজীবিষুঃ ॥৩১৬

---

নিংথৌনা অসিগুম্বা পাম্বেগী মতেংনা অমদি মশাগী মরম্নাই ৱাখলনা পুথোকপা অফবা পাম্বে অতৈনা অতনবা লৈতনা ( অৱাবা থওদনা ) মরৈবাক অমম্ভুং মীরৈবাক অনিমক্তা চাইথোকহল্লিবা গুপ্তচরশিংবু লাকশিন্দুনা থমগনি ॥ ৩১২ ॥

ফনমক থুদোং থীরবদসু নিংথৌনা ব্রাহ্মণবুদি থক শাওহল্লোই-দবনি, মরমদি—ব্রাহ্মণশিংনা শাউরবদি অভিশাপনচিংবা তৌ-ৱক্তুনা খুৎকন পাংগনবা নিংথৌবুসু হেক মাঙহনখিবা য়াই ॥৩১৩॥

মখোয়না শাউবদগী মৈবু মানা চাদবা পোৎ লৈহনখিদবা, সমুদ্রবু থক্নদবা ঈশিং ওইহনখিবা, থা কৌবা লাইবু ময়েং তাহল্লগা কোম্না অমুক মপুং ফাহনবীখিবা—ব্রাহ্মণশিংবু শাউহনখিবা অসি-গুম্বা কনানা তুম্না মাঙনখিদবা লৈব্রবগে ? ৩১৪ ॥

স্বর্গনচিংবা লোক-শিং অমদি ইন্দ্রনচিংবা মায়কৈ ঙাকপশিং পুম্নমকপু শেম্বা ঙমলিবা অদুগা মখোয়না শাউরগনা লাইশিংবুসু লাই ওইহন্দবা ঙমলিবা—অসিগুম্বা ব্রাহ্মণবু মথম্রায় সুংঙাইহন্দবদগী কনানা চাওখৎপা য়াওব্রবগে ? ॥ ৩১৫ ॥

পৃথিবীনচিংবা লোক পুম্নমক্তা অমদি লাই পুম্নমক্তা মখোয়গী মকাদা চঙজবতনা লৈজবা ঙম্মলিবা, ব্রহ্মকনা মরল ওইবা অক-

অবিদ্বাংশ্চৈব বিদ্বাংশ্চ ব্রাহ্মণো দৈবতং মহৎ।
প্রণীতশ্চাপ্রণীতশ্চ যথাগ্নির্দৈবতং মহৎ॥ ৩১৭
শ্মশানেষ্বপি তেজস্বী পাবকো নৈব দুষ্যতি।
হূয়মানশ্চ যজ্ঞেষু ভূয় এবাভিবর্দ্ধতে॥ ৩১৮
এবং যদ্যপ্যনিষ্টেষু বর্ত্তন্তে সর্ব্বকর্ম্মসু।
সর্ব্বথা ব্রাহ্মণাঃ পূজ্যাঃ পরমং দৈবতং হি তৎ॥ ৩১৯
ক্ষত্রস্যাতিপ্রবৃদ্ধস্য ব্রাহ্মণান্ প্রতি সর্ব্বশঃ।
ব্রহ্মৈব সন্নিয়ন্তৃ স্যাৎ ক্ষত্রং হি ব্রহ্মসম্ভবম্॥ ৩২০
অদ্ভ্যোঽগ্নির্ব্রহ্মতঃ ক্ষত্রমশ্মনো লোহমুত্থিতম্।
তেষাং সর্ব্বত্রগং তেজঃ স্বাসু যোনিষু শাম্যতি॥৩২১

গুম্বা ব্রাহ্মণশিংবু হিংনিঙ্লিবা কনানা মখোয়বু হিংসা তৌরুগদগে ? ॥ ৩১৬ ॥

শেংদোল্লবসু শেংদোক্ত্রবসু মৈদি অচৌবা লাই অমনি, অচুগুমহুনা বেদ হৈবসু ওইসনু হৈতবসু ওইসনু, ব্রাহ্মণদি অচৌবা লাইগা পাংথকনি ॥ ৩১৭ ॥

মশান চাউবা মৈনা মোংফমদা লৈহুনসু ( অশিবা চাক্লহুনসু ) মাবু মাংহনবা ( মকহনবা ) ঙমদবা, অহোয়নহুম যজ্ঞগী থবক পুন্নমক্তা মাবু কৌনহনা চাওখৎপহুম হেল্লকপা—অহুগুম্না ; নিন্দা তৌনফম ওইবা থবক ফন তৌরমহুনসু ব্রাহ্মণদি পুন্নমক্কী পূজা তৌফমনি মরমদি ব্রাহ্মণ হায়বসি অথোইবা লাইগী মশক্নি ॥ ৩১৮—৩১৯ ॥

ব্রাহ্মণবু ওৎপা-নৈবা ক্ষেত্রিশিংবু ব্রাহ্মণনা শাপনচিংবা তৌহুনা শাসন তৌগনি ; মরমদি ক্ষেত্রিদি ব্রাহ্মণদগী থোকখিবা ওইবনা ॥ ৩২০ ॥

ঈশিংদগী মৈ থোকই, ব্রাহ্মণদগী ক্ষেত্রি থোকই, নুংদগী থৃৎসু থৃৎলাই থোকই—মরম অহুন মখোয় পুন্নমক অসিগী মশান মশানা মকম থুদিঙ্ শীনবা থুংলবসু মাগী মাগী হোরককম রোয়বদগি ক্ষেক

নাব্রহ্ম ক্ষত্রমৃধ্নোতি নাক্ষত্রং ব্রহ্ম বর্দ্ধতে।
ব্রহ্ম ক্ষত্রঞ্চ সংপৃক্তমিহ চামুত্র বর্দ্ধতে॥ ৩২২
দত্ত্বা ধনন্তু বিপ্রেভ্যঃ সর্ব্বদণ্ডসমুত্থিতম্।
পুত্রে রাজ্যং সমাসৃজ্য কুর্ব্বীত প্রায়ণং রণে॥ ৩২৩
এবং চরন্ সদা যুক্তো রাজধর্ম্মেষু পার্থিবঃ।
হিতেষু চৈব লোকস্য সর্ব্বান্ ভৃত্যান্ নিযোজয়েৎ। ৩২৪
এষোঽখিলঃ কর্ম্মবিধিরুক্তো রাজ্ঞঃ সনাতনঃ।
ইমং কর্ম্মবিধিং বিদ্যাৎ ক্রমশো বৈশ্যশূদ্রয়োঃ॥ ৩২৫

---

হেক মুথখি। মহুদি—মৈনা ঈশিংদা, ক্ষেত্রিনা ব্রাহ্মণদা, খুৎলাইনা নুংপাক্তা যাঙই॥ ৩২১॥

ব্রাহ্মণ য়াওদবা ক্ষেত্রিনা কৈদৌঙৈদসু চাওখৎপা ওইদে; ক্ষেত্রি য়াওদনা ব্রাহ্মণসু চাওখৎপা ফংদে; অদুগা ব্রাহ্মণ-ক্ষেত্রি অনিনা পুল্লবদি মীরমলেন লাইরমলেন অনিমক্তা অনিমক্কী চাও-খৎপা ফংই॥ ৩২২॥

নিংথৌনা অমঙ্গলগী খুদম অমা উরবদা নত্রগা য়েংবা ঙমদবা কোকঙমদবা লায়থুং মথা পোন্দুনা শিগদৌরে হায়বা খঙলবদা—লৈবাক-রায়েন-থৌদাদা অরানবা তৌবা মীদগী রাকোংশেল ওইনা লৌখৎখিবা লন-থুম পুম্নমক অদু ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌথোক-লগা অমদি মচানিপাদা নিংথৌ খুবম শিন্নরম্লগা মায়োক্নবা লান-ফমদা নত্রগা চয়া হেনবনচিংবা ব্রত তৌদুনা মথায় থা-গনি॥ ৩২৩॥

অসুম তৌনা নিংথৌগী-মথৌ (রাজধর্ম্ম) পাঙথোক্লিবা নিংথৌনা প্রজাগী কামনবা থবক্তা মচা-মনাইশিংবু শীজিন্নগনি॥ ৩২৪॥

নিংথৌনা ঙমিং খুদিঙ তৌগদবা হৌনবা-হৌনদবা থবক পুম্নমক্কী মরম হায়রবসিনি, হৌজিক্তি বৈশ্য-শূদ্রগী মথাংকী মরম হায়গে হাক॥ ৩২৫॥

বৈশ্যস্তু কৃতসংস্কারঃ কৃত্বা দারপরিগ্রহম্ ।
বার্ত্তায়াং নিত্যযুক্তঃ স্যাৎ পশূনাঞ্চৈব রক্ষণে ॥ ৩২৬
প্রজাপতির্হি বৈশ্যায় সৃষ্ট্বা পরিদদে পশূন্ ।
ব্রাহ্মণায় চ রাজ্ঞে চ সর্ব্বাঃ পরিদদে প্রজাঃ । ৩২৭
ন চ বৈশ্যস্য কামঃ স্যান্ন রক্ষেয়ং পশূনিতি ।
বৈশ্যে চেচ্ছতি নান্যেন রক্ষিতব্যাঃ কথঞ্চন ॥ ৩২৮
মণিমুক্তাপ্রবালানাং লোহানাং তান্তবস্য চ ।
গন্ধানাঞ্চ রসানাঞ্চ বিদ্যাদর্ঘাবলাবলম্ ॥ ৩২৯
বীজানামুপ্তিবিচ্চ স্যাৎ ক্ষেত্রদোষগুণস্য চ ।
মানযোগঞ্চ জানীয়াৎ তুলাযোগাংশ্চ সর্ব্বশঃ ॥ ৩৩০

---

বৈশ্যনা নগুণ থাংবা ফাওবগী সংস্কার মথং মথং তৌহৃনা মশা শেংদোক্লগা নুপী থিহৃনা লৌউ-শিংউবা, লল্লে নবা অমদি শা-শল য়োকপগী থবকনচিংবা তৌহনা লৈগনি ॥ ৩২৬ ॥

তাইবঙ্ শেম্বা প্রজাপতি ব্রহ্মানা শা-পুম্নমক শেম্লগা মখোয়বু য়োক্ল-থাক্লবগী থবক পুম্নমক বৈশ্যদা শিন্নখি, অহৃগা প্রজাশিংবু শেম্লগা মখোয়বু য়োকপা-ঙাকপা তৌনবগীদমক ব্রাহ্মণ অমসুং নিংথৌ ( ক্ষেত্রি ) দা শিন্নখি ॥ ৩২৭ ॥

'শা-য়োকপগী থবক্তি অতোনবনি, শা য়োক্লরোই' হায়বসি বৈশ্যশিংনা থক থল্লোইদবনি ; বৈশ্যনা, মশানা শা-শল য়োকচ-শেঞ্জবা ঙম্লবদি অতৈ কনানসু শা-শল য়োকপগী হক লৈরোই-দবনি ॥ ৩২৮ ॥

বৈশ্যনা—মণি, মুক্তা, প্রবাল ( পোহাল ), সনানচিংবা ধাতু, ফি, কুকুমনচিংবা মনম নাইবা পোৎ, থুম্নচিংবা মহাউ চেনব পোৎ—পুম্নমক অসিগী মমল অমদি অফবা ফত্তবগী মরমদা শেংনা শেংনা খঙ্লবা হোৎনগদবনি ॥ ৩২৯ ॥

করম্বা মতমদা করি মরুবু করম্না থারগা মহৈ কজনা লোক-পগে হায়বগী মরম বৈশ্যনা মুম্না খঙ গদবনি, লৈবাক লৈহাউ-চেনবা

সারাসারঞ্চ ভাণ্ডানাং দেশানাঞ্চ গুণাগুণান্।
লাভালাভঞ্চ পণ্যানাং পশূনাং পরিবর্দ্ধনম্॥ ৩৩১
ভৃত্যানাঞ্চ ভৃতিং বিদ্যাদ্ভাষাশ্চ বিবিধা নৃণাম্।
দ্রব্যাণাং স্থানযোগাংশ্চ ক্রয়বিক্রয়মেব চ। ৩৩২
ধর্ম্মেণ চ দ্রব্যবৃদ্ধাবাতিষ্ঠেদ্ যত্নমুত্তমম্।
দদ্যাচ্চ সর্ব্বভূতানামন্নমেব প্রযত্নতঃ॥ ৩৩৩
বিপ্রাণাং বেদবিদুষাং গৃহস্থানাং যশস্বিনাম্।
শুশ্রূষৈব তু শূদ্রস্য ধর্ম্মো নৈঃশ্রেয়সঃ পরঃ॥ ৩৩৪

---

চেন্দবা মুন্না খঙ্‌গদবনি অহুগা প্রস্থ ( মন ২গী চাং ), দ্রোণ ( সের ৩২—শঙ্‌বায়, লাইতংনচিংবা ) অমদি খল ওনবগী মচাং শেংনা খঙ্‌গদবনি॥ ৩৩০ ॥

পোৎ পূন্নমক্কী অফবা, ফত্তবা, করম্বা লৈবাক্তা করি পোৎ তাঙ্‌বা নম্রগা হোঙ্‌বা অসিনচিংবা পোৎকী অফ-ফত্ত, ওল্লিবা পোৎকী অতোং-তোংদ অমদি শা-শলগী চাওখৎনবা মরম পূন্নমক বৈশ্যনা লোইনা খঙ্‌গদনি॥ ৩৩১ ॥

মীনাই মীশলশিংগী অরামল, অতোপ অতোপ্পা লৈবাক্কী মীনা লোন্নবা লোন, পোৎ-চৈ পূন্নমক তেক্ত-কায়দনা থম্বগী মরম অমদি পোৎ পূন্নমক্কী অমগা অমগা তিন্নবা য়াবা য়াদবগী জ্ঞান অমসুং লৈবা-য়োনবগী নিয়ম পূন্নমক বৈশ্যনা খঙ্‌গদবা মথৌনি॥ ৩৩২ ॥

বৈশ্যনা ধর্ম্ম কায়দনা তানবা শেলনা চাওখৎনবা চেকশিন্না হোৎনগনি অহুগা থরায় পানবা পূন্নমকপু যতন তৌনা পীজ-পীথক তৌগনি ( অন্নদান )॥ ৩৩৩ ॥

বেদ হৈবা মুমলিংবা অমদি ধর্ম্মগী থবক তৌবতনা মিঙচৎ চাউরবা অহুঙবা ব্রাহ্মণগী সেবা তৌবনা শূদ্রগী অখোইবা ধর্ম্মনি॥ ৩৩৪ ॥

শুচিরুৎকৃষ্টশুশ্রূষুর্মৃদুবাগনহঙ্কৃতঃ।
ব্রাহ্মণাদ্যাশ্রয়ো নিত্যমুৎকৃষ্টাং জাতিমশ্নুতে॥ ৩৩৫
এষোঽনাপদি বর্ণানামুক্তঃ কর্ম্মবিধিঃ শুভঃ।
আপদ্যপি হি যস্তেষাং ক্রমশস্তান্নিবোধত॥ ৩৩৬

ইতি মানবে ধর্ম্মশাস্ত্রে ভৃগুপ্রোক্তায়াং
সংহিতায়াং নবমোঽধ্যায়ঃ॥ ৯॥

---

মহুং মপান অনিমক তশেং তশেংজবা, মথক থংবা জাতিগী সেবা লাংবা তৌবদা খোয়জঙ্‌বা, নাপল য়াওদবা, রাঙাঙ্‌-শাঙাঙ মীনা তানিঙবা অমদি মুমিৎ খুদিঙ্‌গী ব্রাহ্মণনচিংবগী শেগা তাংহনা লৈবা—অসিগুম্বা মগুণশিং অসি চেনবা শূদ্রনা মশাগী জাতিদগী অমুম অমুম চিংখৎলক্ত্‌না অফবা জাতিগী ভাব লাকপা হৌরকই॥ ৩৩৫॥

ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ মরিমক্কী খুদোং থীবনচিংবা অয়াবা মতম নত্তবদা তৌবা হৌনবা মঙ্গলগী মশক ওইরবা মথৌশিংগী মরম হায়রবসিনি। ছজীক অমুক মথোয়গী খুদোংথীবা মতমদা তৌবা হৌনবা মথৌশিংগী মরম মথং মথং হায়জরক্কে—তাবিয়ু—॥ ৩৩৬॥

মাপনগুবা অধ্যায়গী মৈতৈলোনগী শরুক লোইরে॥ ৯॥

---

# দশমোঽধ্যায়ঃ

অধীয়ীরংস্ত্রয়ো বর্ণাঃ স্বকর্ম্মস্থা দ্বিজাতয়ঃ।
প্রব্রূয়াদ্‌ ব্রাহ্মণস্তেষাং নেতরাবিতি নিশ্চয়ঃ॥ ১

---

দ্বিজাতি বর্ণ অহুম হায়রবদি ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি অমসুং বৈশ্য, বর্ণ অহুম অসিনা মাগী মাগী ধর্ম্মদা পুক্নিঙ্‌ চঙ্‌ননা বেদ তম্নগনি, অদুমদি

সর্ব্বেষাং ব্রাহ্মণো বিদ্যাদ্‌বৃত্ত্যুপায়ান্ যথাবিধি।
প্রব্রূয়াদিতরেভ্যশ্চ স্বয়ঞ্চৈব তথা ভবেৎ ॥ ২
বৈশেষ্যাৎ প্রকৃতিশ্রৈষ্ঠ্যান্নিয়মস্য চ ধারণাৎ।
সংস্কারস্য বিশেষাচ্চ বর্ণানাং ব্রাহ্মণঃ প্রভুঃ ॥ ৩
ব্রাহ্মণঃ ক্ষত্রিয়ো বৈশ্যস্ত্রয়ো বর্ণা দ্বিজাতয়ঃ।
চতুর্থ একজাতিস্তু শূদ্রো নাস্তি তু পঞ্চমঃ ॥ ৪
সর্ব্ববর্ণেষু তুল্যাসু পত্নীষক্ষতযোনিষু।
আনুলোম্যেন সম্ভূতা জাত্যা জ্ঞেয়াস্ত এব তে ॥ ৫

---

ওইরগা মথোয়গী মরক্তা ব্রাহ্মণতনা বেদ তম্বীগী থবক তৌগদবনি, ক্ষেত্রিগা বৈশ্যগদি কৈদৌঙৈদম্ বেদ তম্বীবগী থবক তৌফদে ॥ ১ ॥

শাস্ত্রনা হায়বা থবক্তমক ততনা তৌহনা লৈবা, বর্ণ পুম্নমক্কী হিংননবা লম্বী খঙবা ব্রাহ্মণনা বর্ণ পুম্নমক্কী হিংননবা উপায় পুম্নমক তাক্কনি ॥ ২ ॥

অথোইবা জাতি ওইবা, হিরণ্যগর্ভ ( ব্রহ্মা ) গী মচীন্দগী পোক্লকপা—বেদ তম্বা, তম্বীবা, অমসুং মদুবু ব্যাখ্যা তৌহনা তাকপগা মতিকচাবা নিয়ম ধারণ তৌবদা হেন্দোক্লা মতিক চাবা অমদি ক্ষেত্রিনচিংবা বর্ণ অতৈদগী নগুণ থাংবনচিংবা সংস্কারগী থোইদোকপা মওঙনা তিনবা—অসিগুম্বা ব্রাহ্মণ অসিনা বর্ণ পুম্নমক্কগী পুম্নহেন হেল্লি ॥ ৩ ॥

ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি অমসুং বৈশ্য—বর্ণ অহুম অসিগী উপনয়ন-সংস্কার ( নগুণ থাংবা ) লৈবা মরম্না অহুম অসিবু "দ্বিজাতি" হায়না কৌই। উপনয়ন সংস্কার লৈতবা মরিগুবা বর্ণ শূদ্রদি দ্বিজ নত্তে। বর্ণ মরি অসি নত্তনা ব্রহ্মাগী মচীননচিংবদগী থোক্কপা মঙাগুবা বর্ণ অমদি লৈত্রে হায়বদি বর্ণ মরি অসি নত্তবা লৈরিবশিং পুম্নমক অহুদি সঙ্করজাতি ( ঈ তিন্নহুনা থোকপা ) ওাক্কনি ॥ ৪ ॥

মথানা লুহোঙহুনা লৌবী ব্রাহ্মণীদা পোক্কপা ব্রাহ্মণগী মচাহ ব্রাহ্মণনি, অমসুং তৌনা ক্ষেত্রিনা ক্ষেত্রি নিংতোলদা পোক্কপা মচানা

স্ত্রীষনন্তরজাতাসু দ্বিজৈরুৎপাদিতান্ সুতান্।
সদৃশানেব তানাহুর্মাতৃদোষবিগর্হিতান্ ॥ ৬
অনন্তরাসু জাতানাং বিধিরেষ সনাতনঃ।
দ্ব্যেকান্তরাসু জাতানাং ধর্ম্ম্যং বিদ্যাদিমং বিধিম্ ॥ ৭
ব্রাহ্মণাদ্বৈশ্যকন্যায়ামম্বষ্ঠো নাম জায়তে।
নিষাদঃ শূদ্রকন্যায়াং যঃ পারশব উচ্যতে ॥ ৮

---

ক্ষেত্রিনি, বৈশ্যনা বৈশ্য নিঙোল লৌতুনা পোকপা মচানা বৈশ্যনি অতুগা শূদ্রনা শূদ্রনুপী লৌতুনা পোকপা মচানা শূদ্রনি। অসি নত্তবা বর্ণ তিন্নদবী ( জাতি মান্নদবী ) নুপীদা পোকপা মচাদি মপাগী বর্ণ অতু ওইদে, লেপ্নমক অতোপ্পা জাতি অমা ওইগনি ॥ ৫ ॥

ব্রাহ্মণনচিংবা দ্বিজবর্ণ অহুম্না অনুলোমগী মতুংইম্না অসুম অসুম তোম্থখিবা থংন-থংনবা বর্ণগী নিঙোলশিংদা পোকপা মচাশিংনা হায়বদি ব্রাহ্মণনা ক্ষেত্রি নিঙোলদা, ক্ষেত্রিনা বৈশ্যদা, বৈশ্যনা শূদ্র নুপীদা হম্থনা পোক্লুবা মচাশিং অতুনা অতোনবা জাতিগী মমানা পোকপনি হায়তুনা মপাগী জাতিমক ওইবা য়াদে, অতুমদি ওইরগা মতুগুম্বা জাতি অমদি ওই। অসিগুম্বা মখোয় অসিবু 'মূর্দ্ধাবসিক্ত, মাহিষ্য' অমসুং 'করণ' হায়না খঙ নৈ। মতুগুম্বা মান্নবা জাতি হায়বদি মমাগী জাতিদগীদি ফগৎপা অতুগা মপাগী জাতিদগীদি হম্থবা জাতিনি হায়বা খঙ্নগনি ॥ ৬ ॥

নিপাদগী অনুলোমগী মতুংইন্না হম্থখিবা হেক থংনবা বর্ণ-নিঙোলগী গর্ভদা পোকপা মচাশিংগী হায়বদি ব্রাহ্মণনা ক্ষেত্রিদা, ক্ষেত্রিনা বৈশ্যদা, বৈশ্যনা শূদ্র নিঙোলদা পোকপা মচাশিংগী নিয়ম পুন্নমক হায়রবসিনি ; হুজীক্তি নিপাদগী হম্থরকপদা বর্ণ অনিনা থনবী নুপীগী গর্ভদা পোকপা মচাগী হায়বদি ব্রাহ্মণনা বৈশ্য নিঙোলদা, নত্রগা শূদ্র নুপীদা অতুগা ক্ষেত্রিনা শূদ্রদা পোকপা অতুগুম্বা মচাশিংগী ধর্ম্ম বিধি ( মথৌগী মরম ) হায়রক্কে ॥ ৭ ॥

ব্রাহ্মণনা লৌবী বৈশ্য নিঙোলদা পোকপা মচাবু "অম্বষ্ঠ"

ক্ষত্রিয়াচ্ছূদ্রকন্যায়াং ক্রূরাচারবিহারবান্ ।
ক্ষত্রশূদ্রবপুর্জন্তুরুগ্রো নাম প্রজায়তে ॥ ৯
বিপ্রস্য ত্রিষু বর্ণেষু নৃপতের্বর্ণয়োর্দ্বয়োঃ ।
বৈশ্যস্য বর্ণে চৈকস্মিন্ ষড়েতেঽপসদাঃ স্মৃতাঃ ॥ ১০
ক্ষত্রিয়াদ্বিপ্রকন্যায়াং সূতো ভবতি জাতিতঃ ।
বৈশ্যান্মাগধবৈদেহৌ রাজবিপ্রাঙ্গনাসুতৌ ॥ ১১
শূদ্রাদায়োগবঃ ক্ষত্তা চাণ্ডালশ্চাধমো নৃণাম্ ।
বৈশ্যরাজন্যবিপ্রাসু জায়ন্তে বর্ণসঙ্করাঃ ॥ ১২
একান্তরে ত্বানুলোম্যাদম্বষ্ঠোগ্রৌ যথা স্মৃতৌ ।
ক্ষত্তৃবৈদেহকৌ তদ্বৎ প্রাতিলোম্যেঽপি জন্মনি ॥ ১৩

---

অহুগা ব্রাহ্মণনা লৌবী শূদ্র নিঙোলদা পোকপা মচানা "নিষাদ" নত্রগা "পারশব' হায়ন, খঙ্নৈ ॥ ৮ ॥

ক্ষেত্রিনা লৌবী শূদ্রাগী গর্ভদা পোকপা মচানা "উগ্র" হায়না খঙ্নৈ, অহুগা মহাক অহুগী মশাদা ক্ষেত্রি অমসুং শূদ্র অনিমক্কী স্বভাব চেল্লি, মতাং চাউই, হুংশি হৈতে ॥ ৯ ॥

ব্রাহ্মণনা লৌবী ক্ষেত্রি, বৈশ্য অমসুং শূদ্র নিঙোলদা পোকপা মচানিপা অহুগা ক্ষেত্রিনা বৈশ্য অমসুং শূদ্র নুপীদা পোকপা মচানিপা অমসুং বৈশ্যনা শূদ্র নুপীদা পোকপা মচানিপা—অসিগুম্বা মচা ৬মক অসিনা বর্ণ মায়বী নুপীদা পোকপা মচাদগী হইহ্নে হায়বসি খঙ্গদবনি ॥ ১০ ॥

ক্ষেত্রিনা ব্রাহ্মণ নিঙোলদা পোকপা মচাবু "সূত" বৈশ্যনা ক্ষেত্রি নুপীদা পোকপা মচাবুনা "মাগধ" অহুগা বৈশ্যনা ব্রাহ্মণীদা পোকপা মচানা "বৈদেহ" জ্ঞাতি হায়না খঙ্নৈ ॥ ১১ ॥

শূদ্রনা বৈশ্যনিঙোলদা পোকপা মচাবু "ক্ষত্তা" অহুগা শূদ্রনা ব্রাহ্মণীদা পোকপবুনা "চণ্ডাল" হায়না খঙ্নৈ । শূদ্রদগী পোকপা বর্ণ অহুমগী মচাশিং অসিবু "বর্ণসঙ্কর" হায়না শীংথানৈ ॥ ১২ ॥

অনুলোম মতুংইন্না মরক্তা বর্ণ অমত্তনা থনবা নুপীদা পোকপা

পুত্রা যেঽনন্তরস্ত্রীজাঃ ক্রমেণোক্তা দ্বিজন্মনাম্।
তাননন্তরনামস্তু মাতৃদোষাৎ প্রচক্ষতে॥ ১৪
ব্রাহ্মণাদুগ্রকন্যায়ামাবৃতো নাম জায়তে।
আভীরোঽম্বষ্ঠ কন্যায়ামায়োগব্যাস্তু ধিগ্বণঃ॥ ১৫
আয়োগবশ্চ ক্ষত্তা চ চন্ডালশ্চাধমো নৃণাম্।
প্রাতিলোম্যেন জায়ন্তে শূদ্রাদপসদাস্ত্রয়ঃ॥ ১৬

---

হায়বদি ব্রাহ্মণনা বৈশ্যনুপীদা পোকপা 'অম্বষ্ঠ'' ক্ষেত্রিনা শূদ্রদা পোকপা 'উগ্র' জাতিনা শোক্ল-শম্নবা য়াবগুম, প্রতিলোম মতুংইন্না (বর্ণ হংগৎনা) মরক্তা বর্ণ অমনা খল্লগা লৈবা বর্ণগী নুপীদা পোকপা হায়বদি শূদ্রনা ক্ষেত্রি নিঙোলদা পোকপা 'ক্ষত্তা,' বৈশ্যনা ব্রাহ্মণীদা পোকপা 'বৈদেহ' জাতিসু শোক্ল-শম্নবনচিংবা য়াই॥ ১৩॥

দ্বিজশিংগী অনুলোম মতুংইন্না থংনবা বর্ণদা পোকপা, মরক্তা অমা কাল্লগা লৈবা বর্ণনা পোকপা, অনি কাল্লগা লৈবা বর্ণনা পোকপা মচাশিং হায়বদি ব্রাহ্মণনা ক্ষেত্রি, বৈশ্য অমসুং শূদ্র নুপীদা পোকপা মচাশিং—মথংশিংনা মখোয়বু 'মূর্দ্ধাবসিক্ত,' 'অম্বষ্ঠ' অমসুং "পারশব' হায়না খঙ্নরবা—অতুগা ক্ষেত্রিনা বৈশ্য অমদি শূদ্র নুপীদা পোকপা—'মাহিষ্য' অমদি 'উগ্র' হায়না মমিং থোল্লবা, অতুগা বৈশ্যনা শূদ্র নুপীদা পোকপা 'করণ' হায়না খঙ্নরবা—মখোয় পুম্নমক অসিবু দোষ লৈবী মমানা পোকপনি হায়দুনা মমাগী জাতিগা পাংথক ওইনা লৌগনি হায়বদি মমা মমাগী জাতিগী হৌনবী সংস্কার অদুনা মখোয়গীসু সংস্কার তৌগনি॥ ১৪॥

ব্রাহ্মণনা উগ্র নিঙোল লৌদুনা (লৈশানা) পোকপা মচাবু 'আবৃত,' অম্বষ্ঠ কন্যাদা পোক্লগনা 'ধিগ্বণ' জাতি হায়রগা খঙ্নৈ॥ ১৫॥

শূদ্রনা প্রতিলোম মতুংইন্না পোকপা মচা হায়বদি শূদ্রনা বৈশ্য নুপীদা পোকপা মচা 'আয়োগব', ক্ষেত্রি নিঙোলদা পোকপা "ক্ষত্তা" অমুগা ব্রাহ্মণীদা পোকপা "চণ্ডাল' হায়না খঙ্নবা জাতি

বৈশ্যান্মাগধবৈদেহৌ ক্ষত্রিয়াৎ সূত এব তু।
প্রতীপমেতে জায়ন্তেঽপরেঽপ্যপসদাস্ত্রয়ঃ ॥ ১৭
জাতো নিষাদাচ্ছূদ্রায়াং জাত্যা ভবতি পুক্কসঃ।
শূদ্রাজ্জাতো নিষাদ্যান্তু স বৈ কুক্কুটকঃ স্মৃতঃ। ১৮
ক্ষত্তুর্জাতস্তথোগ্রায়াং শ্বপাক ইতি কীর্ত্ত্যতে।
বৈদেহকেন ত্বম্বষ্ঠ্যামুৎপন্নো বেণ উচ্যতে ॥ ১৯
দ্বিজাতয়ঃ সবর্ণাসু জনয়ন্ত্যব্রতাংস্তু যান্।
তান্ সাবিত্রীপরিভ্রষ্টান্ ব্রাত্যা ইতি নির্দ্দিশেৎ ॥ ২০
ব্রাত্যাৎ তু জায়তে বিপ্রাৎ পাপাত্মা ভূর্জ্জকণ্টকঃ।
আবন্ত্যবাটধানৌ চ পুষ্পধঃ শৈখ এব চ ॥ ২১

---

মথল অহুম অসিদি মচানিপা অমনা (মপাগীদমক) তৌফম থোকপা থবক পুম্নমক অমত্তা তৌবা য়াদবদগী মখোয় অসিবু মী মরক্তগী অতোনবনি হায়না শীংথানৈ ॥ ১৬ ॥

বৈশ্যনা প্রতিলোম মতুংইন্না পোকপা হায়বদি বৈশ্যনা ক্ষেত্রি নুপীদা পোকপা মচা 'মাগধ' অতুগা ব্রাহ্মণীদা পোকপা 'বৈদেহ' অমসুং ক্ষেত্রিনা ব্রাহ্মণীদা পোকপা "সূত" হায়বা জাতি মথল অহুম অসিসু মচা অমা ওইবগী মথৌ তৌবা য়াদবদগী অতোনবনি হায়না লৌনৈ ॥ ১৭ ॥

নিষাদনা শূদ্রনুপীদা পোকপা মচাবু 'পুক্কস' অতুগা শূদ্রনা নিষাদ কন্যাদা পোকপা মচাবুনা 'কুক্কুটক' জাতি হায়না কৌই ॥১৮॥

ক্ষত্তাশা উগ্রনিঙোলদা পোকপা মচাবুনা 'শ্বপাক' অতুগা বৈদেহনা অম্বষ্ঠ কন্যাদা পোকপা মচাবুনা 'বেণ' হায়না কৌই ॥১৯॥

দ্বিজাতিশিংনা বর্ণ তিন্নবী মশাগী নুপীদা পোকপা মচাশিংবু হৌনবা নগুণ থাংবগী থবক তৌদ্রুনা শেংদোক্তবদি 'ব্রাত্য' হায়না থম্নখিদ্রুনা প্রতিলোম ওইবা মচাশিংগুম্বা (বর্ণ হাইগত্তনা পোকপা মচা) মচাগী মথৌ তৌবা য়াদে ॥ ২০ ॥

অসিগুম্বা ব্রাত্য ওইরবা ব্রাহ্মণনা বর্ণ তিন্নবী নুপীদা পোকপা

ঝল্লো মল্লশ্চ রাজন্যাদ্‌ব্রাত্যান্নিচ্ছিবিরেব চ।
নটশ্চ করণশ্চৈব খসো দ্রবিড় এব চ ॥ ২২
বৈশ্যাৎ তু জায়তে ব্রাত্যাৎ সুধন্বাচার্য্য এব চ।
কারূষশ্চ বিজন্মা চ মৈত্রঃ সাত্বত এব চ ॥ ২৩
ব্যভিচারেণ বর্ণানামবেদ্যাবেদনেন চ।
স্বকর্ম্মণাঞ্চ ত্যাগেন জায়ন্তে বর্ণসঙ্করাঃ ॥ ২৪
সঙ্কীর্ণযোনয়ো যে তু প্রতিলোমানুলোমজাঃ।
অন্যোন্যব্যতিষক্তাশ্চ তান্ প্রবক্ষ্যাম্যশেষতঃ ॥ ২৫
সূতো বৈদেহকশ্চৈব চণ্ডালশ্চ নরাধমঃ।
মাগধঃ ক্ষত্তজাতিশ্চ তথায়োগব এব চ ॥ ২৬

---

অদুবু 'ভূর্জ্জ কণ্টক' হায়না কৌই ; মসিবু থোইদোকপা লৈবাক খরদদি 'আবন্ত্য,' 'বাটধান,' পুষ্পধ', অমসুং 'শৈখ' হায়না কৌনৈ ॥ ২১ ॥

ব্রাত্য ওইরবা ক্ষেত্রিনা বর্ণ তিন্নদবী নুপীদা পোকপা মচাবু দেশ খেন্নবা মতুংইন্না 'ঝল্ল,' 'মল্ল', 'নিচ্ছিবি,' 'নট,' 'করণ,' 'খস,' অমসুং 'দ্রবিড়,' হায়না মমিং মথক তরেৎ শুনা খঙ্নৈ ॥২২॥

ব্রাত্য-বৈশ্যনা বর্ণ-তিন্নবী নুপীদা পোকপা মচাবু মথং মথং 'সুধন্বা', আচার্য্য,' কারূষ,' 'বিজন্মা,' 'মৈত্র,' অমসুং 'সাত্বত' —হায়না খঙনখি ॥ ২৩ ॥

ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ অহুমগী মীনা অতোপ অতোপ্পা বর্ণগী নুপী লৌবা-কোয়বা, গোত্র তিন্নবনচিংবা লৌবা, নত্তুগা থাংবনচিংবা মশাগী তৌবা হৌনবা মনাৎ থাদোকপা— অসিনচিংবা মরমশিং অসিদগী 'বর্ণসঙ্কর' ( ঈ-শেংলক্তবা ) থোক্লকই ॥ ২৪ ॥

অমগা অমগা নুপী লামশিন্নহুনা অনুলোম অমসুং প্রতিলোম মতুংইন্না থোক্লকপা সঙ্করজাতি পুম্নমক অদুগী মরমদা তোপতোপ্না হায়গে তাবীয় ॥ ২৫ ॥

মী মরুক্তগী তোক্লবা চণ্ডাল, সূত, বৈদেহ, আয়োগব, মাগধ

এতে ষট্ সদৃশান্ বর্ণান্ জনয়ন্তি স্বযোনিষু।
মাতৃজাত্যাং প্রসূয়ন্তে প্রবরাসু চ যোনিষু॥ ২৭
যথা ত্রয়াণাং বর্ণানাং দ্বয়োরাত্মাস্য জায়তে।
আনন্তর্য্যাৎস্বযোন্যান্তু তথা বাহ্যেষ্বপি ক্রমাৎ॥ ২৮
তে চাপি বাহ্যান্ সুবহূংস্ততোঽপ্যধিকদূষিতান্।
পরস্পরস্য দারেষু জনয়ন্তি বিগর্হিতান্॥ ২৯
যথৈব শূদ্রো ব্রাহ্মণ্যাং বাহ্যং জন্তুং প্রসূয়তে।
তথা বাহ্যতরং বাহ্যশ্চাতুর্ব্বর্ণ্যে প্রসূয়তে॥ ৩০

---

অমদি ক্ষত্তা—তরাক অসিনা প্রতিলোমদা পোকপা বর্ণসঙ্করনি—মসি মথক্তসু হান্না হায়ব্রে॥ ২৬॥

সঙ্করবর্ণ ওইবা তরাক অসিনা মশাগা জাতি মান্নবী, মমাগী জাতি ওইবী অমদি মথক থংবা জাতি ওইবী অসিনচিংবী নূপীদা পোক্লকপা মচাশিং অতুসু মান্নবা বর্ণ অতুম্মক ওইগনি॥ ২৭॥

ব্রাহ্মণনা বর্ণ তিন্নবী নূপীদা পোকপা মচা, ক্ষেত্রি নিঙোল অমদি বৈশ্য নিঙোলদা পোকপা মচাশিংনা দ্বিজ ওইবনা শূদ্রদগী কবা হেল্লি, অহুগুমহুনা বৈশ্যনিপানা ক্ষেত্রি নূপীদা পোকপা মচা অহুগা ক্ষেত্রি নিপানা ব্রাহ্মণীদা পোকপা মচানা শূদ্রনা প্রতি-লোমদা (মথক্কী বর্ণদা) পোকপা মচাদগী খজীক্তং ফগৎপা হেল্লি॥ ২৮॥

আয়োগবনচিংবা সঙ্করজাতি তরাক্কা অমগা অমগা অনুলোম মত্রগা প্রতিলোম মতুংইন্না অমনা অমগী জাতিগী নূপীদা পোকপা মচাশিং অহুদি মথোয়গী মমা মপাশিংদগীসু য়াম্না হেন্না তৌহে অমসুং সৎকর্ম্ম (ধর্ম্মগী থবক) অমত্তা তৌবা য়াদে॥ ২৯॥

শূদ্রনা ব্রাহ্মণীদা পোকপা চণ্ডাল হায়না খুঙ্নবা মচা অহুনা করি অমত্তমসু চম্বা য়াদবগুম চণ্ডালনচিংবা সঙ্করজাতি তরকমক্ক ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ মরিগী নূপীদা পোকপা মচাশিং অহুনা মনুষ্যগী অশুদ্ধা হেন্না ফত্তে অমসুং নিন্দা তৌনকম মদাক্কি॥ ৩০॥

প্রতিকূলং বর্ত্তমানা বাহ্যা বাহ্যতরান্ পুনঃ।
হীনা হীনান্ প্রসূয়ন্তে বর্ণান্ পঞ্চদশৈব তু ॥ ৩১
প্রসাধনোপচারজ্ঞমদাসং দাসজীবনম্।
সৈরিন্ধ্রং বাগুরাবৃত্তিং সূতে দস্যুরায়োগবে ॥ ৩২
মৈত্রেয়কন্ত বৈদেহো মাধুকং সম্প্রসূয়তে।
নৄন্ প্রশংসত্যজস্রং যো ঘণ্টাতাড়োঽরুণোদয়ে। ৩৩

---

আয়োগব, কত্তা অমসুং চণ্ডাল—হায়বা শূদ্রদগী পোকপা জাতি অহুম অসিদি বিধি বিধানগী রাংঅদা লৈখ্রে হায়বদি অহুকী মতিক তোঙ্খ্রে। মখোয়না, বর্ণ মরিগী নূপী থৃদিঙ্ মক্তা মচা অমমমগা অমদি মাগা মাগা মান্নবী জাতিগী নূপীশিংদা পোকপা মচা অমগা পুন্না মচা ৫। ৫ পোক্নূনা মখোয় মশাদগী হেন্না তোঙ্খ্রবা অসিগুম্বা মচা মথল ১৫থক পোকনৈ; অহুগা সূত, মাগধ অমসুং বৈদেহ—অতোনবা বর্ণ অহুম অসিসু মথক্কী অসুন্না হায়বদি বর্ণ মরিগী নূপীশিংদা মচা ৪ অহুগা মশাগী বর্ণ তিন্নবী নূপীদা মচা অমা—অসুম তৌনা মচা মঙা মঙা পোক্লহুনা মখোয় অহুম্নসু মচা ১৫ পোক্লে ॥ ৩১ ॥

দস্যুজাতিনা আয়োগব নিঙোলদা পোকপা মচাবু "সৈরিন্ধ্র" হায়না কৌই; মখোয়না শম পুনবনচিংবা থবক তৌবা হৈ অহুগা লুখাক-চাবনচিংবা মীনাইগী থবক্তি তৌব্রগা মীগী মশা নোইবনচিংবা মীনাইগী থবক তৌহুনা অমসুং লাং-থাক্নূনা শজি ফাহুনা হাৎলগা মথরায় হিংনবা হোৎনহুনা লৈ ॥ ৩২ ॥

বৈশ্যনা ব্রাহ্মণহুবীদা পোকপা বৈদেহ হায়না কৌবা জাতি অহুনা মথক্তা হায়গ্রবা আয়োগব হায়বা জাতিগী নূপীদা পোকপা 'মৈত্রেয়' হায়না খঙ্নবা মচাশিং অহুদি রাঙাঙ্-শাঙাঙ্ নিঙ্থিজে, অয়ুক চিঙ খৈ হুন্নকপা মতমদা শরীক খিঙ্হুনা লিংথৌনচিংবগী স্তুতিপাঠ (লৈশী-লৈথোন তৌহুনা য়াকায়রোল শকপা) তৌবনা মখোয়গী মথৌনি ॥ ৩৩ ॥

নিষাদো মার্গবং সূতে দাসং নৌকর্মজীবিনম্ ।
কৈবর্ত্তমিতি যং প্রাহুরার্য্যাবর্ত্তনিবাসিনঃ ॥ ৩৪
মৃতবস্ত্রভৃৎসু নারীষু গর্হিতান্নাশনাসু চ ।
ভবন্ত্যায়োগবীষ্বেতে জাতিহীনাঃ পৃথক্ ত্রয়ঃ ॥ ৩৫
কারাবরো নিষাদাত্তু চর্ম্মকারঃ প্রসূয়তে ।
বৈদেহিকাদন্ধ্রমেদৌ বহির্গ্রামপ্রতিশ্রয়ৌ ॥ ৩৬
চাণ্ডালাৎ পাণ্ডুসোপাকস্ত্বক্সারব্যবহারবান্ ।
আহিণ্ডিকো নিষাদেন বৈদেহ্যামেব জায়তে ॥ ৩৭

---

ব্রাহ্মণনা শূদ্রনিঙোলদা পোকপা মচাবু 'নিষাদ' হায়না কৌই । নিষাদনা আয়োগব নিঙোলদা পোকপা মচানা 'মার্গব' নত্রগা 'দাস' হায়না খঙ্ নৈ ; মখোয় অসিদি হিহোনবগী থবক ভৌহনা চায় । আর্য্যাবর্ত্ত ( বিন্ধ্য অমসুং হিমালয়গী মরক্তা লৈবা লমদম ) দেশকী মীনদি মখোয় অসিবু 'কৈবর্ত্ত' জাতি হায়না খঙ্ নৈ ॥ ৩৪ ॥

মী অশিবগী মফি শেংপী অমদি অপুম-আশানচিংবা চাক-চৈনশাং চাবী আয়োগব নিঙোলগী গর্ভদা পোকপা 'সৈরিন্ধ্র', 'মৈত্রেয়', অমসুং 'মার্গব' কৌবা অতোনবা জাতি অহুম অসিনা অপোকপা মপা খেন্নবগী মতুংইন্না জাতিসু তোঙানৈ ॥ ৩৫ ॥

নিষাদনা বৈদহ নুপীদা পোকপা মচাবু 'কারাবর' ( কাত্তরা ) হায়না কৌই ; শউন খোকপনা ( মুচি ) মখোয়গী থবকনি । বৈদেহনা 'কারাবর' নিঙোল্দা পোকপা মচানা 'অন্ধ্র' অহুগা নিষাদ নুপীদা পোকপবুনা 'মেদ' জাতি হায়রগা খঙ্ নৈ—মখোয় অসিদি খুংগঙ্ মতাইদা লৈগদবনি ॥ ৩৬ ॥

চণ্ডালনা বৈদেহ নুপীদা পোকপা 'পাণ্ডুসোপাক' হায়না কৌবা জাতি অহুগী মথৌদি বাঁশী খোংবনি ( বেণুব্যবহারজীবী ) অহুগা নিষাদনা বৈদেহ নুপীদা পোকপা মচানা 'আহিণ্ডিক' হায়না কৌই ॥

চাণ্ডালেন তু সোপাকো মূলব্যসনবৃত্তিমান্ ।
পুক্কস্যাং জায়তে পাপঃ সদা সজ্জনগর্হিতঃ ॥ ৩৮
নিষাদস্ত্রী তু চাণ্ডালাৎ পুত্রমন্ত্যাবসায়িনম্ ।
শ্মশানগোচরং সূতে বাহ্যানামপি গর্হিতম্ ॥ ৩৯
সঙ্করে জাতয়স্ত্বেতাঃ পিতৃমাতৃপ্রদর্শিতাঃ ।
প্রচ্ছন্না বা প্রকাশা বা বেদিতব্যাঃ স্বকর্মভিঃ ॥ ৪০
সজাতিজানন্তরজাঃ ষট্ সুতা দ্বিজধর্মিণঃ ।
শূদ্রাণাস্তু সধর্মাণঃ সর্বেঽপধ্বংসজাঃ স্মৃতাঃ ॥ ৪১

---

কায়াবর অমদি আহিণ্ডিক জাতিগী মমা মপা অমত্তা ওইরবস্থ মথৌ (মনাৎ) খেন্নবদগী মমিংস্থ তোঙান্নবনি ॥ ৩৭ ॥

নিষাদনা শূদ্রনুপীদা পোকপী মচানুপীবু “পুক্কসী” হায়না কৌই। চণ্ডালনা অসিগুম্বী পুক্কসীদা পোকপা পাপ চেনবা জাতি অদুবু ‘সোপাক’ হায়না কৌই; অসিগুম্বা সোপাক জাতিশিং অসিদি সাধুশিংনা তূক্কচনরবা, অহকপা পাপকী থবক্তমক তৌবনা মনাৎ ওইবা জহ্লাদবী (মীহাৎপা) থবক্তা মথরায় হিংনৈ ॥ ৩৮ ॥

চণ্ডালনা নিষাদ নুপীদা পোকপা মচাবু ‘অন্ত্যাবসায়ী’ (গঙ্গা-পুত্র) কৌই; মোংফম শণ্ডুনা মী অশিবা পোৎলোইবনা মখোয়গী মথৌনি; মখোয় অসিদি মীনা তূক্কচনরবা জাতি অতৈ-দগীস্থ হেন্না তোল্লবনি ॥ ৩৯ ॥

মপা মমাগী মমিং পন্দুনা অতোনবা সঙ্করজাতি পুন্নমক্কী মরমদি হায়খ্রিবশিং অসিনি। অসি নত্তবা মমা মপা মমিং খঙ্দনা পোকপা অসিগুম্বা অরোনবা অমস্থং অঙোংবা জাতিশিংসীদি মশা মশানা তৌথোরকপা মশিন অহু য়েংলগা মাগী মাগী জাতি লেপ-কনি ॥ ৪০ ॥

ব্রাহ্মণনচিংবা দ্বিজবর্ণ অহুম্না মশা মশাগা জাত তিন্নবী নুপীদা পোক্কবা মচা মথল অহুম অতগা অনুলোম মতুংইন্না ব্রাহ্মণনা পোকপা মচা মথল অনি অমস্থং ক্ষেত্রিনা বৈশ্য নিঙোলদা পোকপা

তপোবীজপ্রভাবৈস্তু তে গচ্ছন্তি যুগে যুগে।
উৎকর্ষঞ্চাপকর্ষঞ্চ মনুষ্যেষ্বিহ জন্মতঃ ॥ ৪২
শনকৈস্তু ক্রিয়ালোপাদিমাঃ ক্ষত্রিয়-জাতয়ঃ।
বৃষলত্বং গতা লোকে ব্রাহ্মণাদর্শনেন চ ॥ ৪৩
পৌণ্ডকাশ্চৌড্রদ্রবিড়াঃ কাম্বোজা জবনাঃ শকাঃ।
পারদাঃ পহ্লবাশ্চীনাঃ কিরাতা দরদাঃ খশাঃ ॥ ৪৪

---

মচা হায়বদি ব্রাহ্মণগা ব্রাহ্মণীদা পোকপা মচা, ক্ষেত্রিগী ক্ষেত্রি নূপীদা পোকপা মচা, বৈশ্যগী বৈশ্য নূপীদা পোকপা মচা—মচা মথল অহুম, অতুগা ব্রাহ্মণনা ক্ষেত্রি নূপীদ। অমদি বৈশ্যনূপীদা পোকপা মচা অমসুং ক্ষেত্রিনা বৈশ্যনূপীদা পোকপা মচা—মচা মথল অহুম—পূনশিল্লগা মচা মথল ৬ অসিদি দ্বিজধর্ম্ম চৎকনি অমসুং নগুণ থাংবনচিংবা সংস্কার তৌগনি ; অতুগা দ্বিজ জাতি ওইবা বর্ণ অহুম অসিগী প্রতিলোম ওইবা মচাশিংদি শূদ্রগা মান্নে হায়বদি নগুণ থাংবনচিংবা সংস্কার লৈতে ॥ ৪১ ॥

মথক্তা হায়রিবা জাতি ৬ অসিনা যুগ কয়া কয়া তপ তৌজ-রক্তুনা অফবা বীর্য্যদা চঙ্তুনা মী মরক্তা অফবা জাতি ওইবা ফংলে। অতুগুমতুনা মতুগী ওন্নতৈনবা শাজৎ চংলগনা জাতি হন্থবসু ওইরকই ॥ ৪২ ॥

মপা মপু হাক্তকপী চারোন-শূরোন ফাওবা নগুণ থাংবনচিংবা হোনবা সংস্কার তৌরক্তুবা অমদি যাগ-যজ্ঞ অমদি বেদনচিংবা অমথিজবা মথাদা হায়রক্লিবা ক্ষেত্রিশিং অসিদি অন্থম অন্থম শূদ্র ওইশিল্লকই ॥ ৪৩ ॥

পৌণ্ডক (পৌণ্ড্র) ঔড্র, দ্রাবিড় কাম্বোজ, জবন, শক, পারদ, পহ্লব, চীন, কিরাত, দরদ অমসুং খশ—হায়রক্লিবা লৈবাক অসিগী ক্ষেত্রিশিংদি মথক্তা হায়রিবা কর্ম্মদোষ অসি লৈবনা শূদ্র ওইরে ॥ ৪৪ ॥

মুখবাহূরুপজ্জানাং যা লোকে জাতয়ো বহিঃ।
ম্লেচ্ছবাচশ্চার্য্যবাচঃ সর্ব্বে তে দস্যবঃ স্মৃতাঃ ॥ ৪৫
যে দ্বিজানামপসদা যে চাপধ্বংসজাঃ স্মৃতাঃ।
তে নিন্দিতৈর্বর্ত্তয়েয়ুর্দ্বিজানামেব কর্ম্মভিঃ ॥ ৪৬
সূতানামশ্বসারথ্যমম্বষ্ঠানাং চিকিৎসিতম্।
বৈদেহকানাং স্ত্রীকার্য্যং মাগধানাং বণিক্পথঃ ॥ ৪৭
মৎস্যঘাতো নিষাদানাং ত্বাষ্টিস্ত্বায়োগবস্য চ।
মেদান্ধ্রচুঞ্চুমদ্গুনামারণ্যপশুহিংসনম্ ॥ ৪৮
ক্ষত্ত্রুগ্রপুক্কসানান্তু বিলৌকোবধ-বন্ধনম্।
ধিগ্বণানাং চর্ম্মকার্য্যং বেণানাং ভাণ্ডবাদনম্ ॥ ৪৯

---

ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ মরিগী মহুংদা মাগী মাগী জাতিগী তৌবা হৌনবা ক্রিয়া কর্ম্মনচিংবা তৌবদগী বাহ্যজাতি হায়বদি অতোনবা শীংদা চম্প্রবা অহুগুম্বা মখোয় অতদি লৈবাক মচা ভাবা রাঙাঙ্-তুনস্থ নত্রগা ম্লেচ্ছ মরোলবু ঙাঙ্লবস্থ মখোয়বু "দস্যু" হায়বা অহুম্মক থঙ্নৈ ॥ ৪৫ ॥

দ্বিজাতিদগী অনুলোম মতুংইন্না পোকপা মচাশিং অদুবু 'অপসদ' হায়না কৌই অহুগা প্রতিলোম মতুংইন্না পোকপবুনা 'অপধ্বংসজ' হায়না কৌই। অসিগুম্বা জাতি অনি অসিনা মথাঙ্গা হায়রক্লিবা অতোনবা থবকশিং অসিনা মথল্লায় হিংনহনা দ্বিজাতি-শিংগী কান্নবা তৌগনি ॥ ৪৬ ॥

সূত জাতিগী মনাংতি—শগোল থৌবনি, অম্বষ্ঠগী মনাংবা—লায়েংবনি, বৈদেহগীনা—ইমুং-মনুং শেম্নবনি (সঙ্গাই শঙ্বা), মাগধ জাতিগীনা—ঈশিং-কংকাল অনিমক্তা লল্লোনবনি ॥ ৪৭ ॥

নিষাদগী মথৌনা—ঙা ফাবা, আয়োগব[illegible]গী—উথাক থাম্বা, অহুগা মেদ, চুঞ্চু, মদ্গু অমসুং অন্ধ্র—মরি [illegible]গী মনাংনা—উমং-রামদগী শা ফানবনি ॥ ৪৮ ॥

মথুনদা লৈবা থৈরোয়, খাস্রো (হংকোক) অচিংবা কানা

চৈত্যদ্রুমশ্মশানেষু শৈলেষূপবনেষু চ।
বসেয়ুরেতে বিজ্ঞানা বর্ত্তয়ন্তঃ স্বকর্ম্মভিঃ॥ ৫০
চণ্ডালশ্বপচানান্তু বহির্গ্রামাৎ প্রতিশ্রয়ঃ।
অপপাত্রাশ্চ কর্ত্তব্যা ধনমেষাং শ্বগর্দ্দভম্॥ ৫১
বাসাংসি মৃতচেলানি ভিন্নভাণ্ডেষু ভোজনম্।
কার্ষ্ণায়সমলঙ্কারঃ পরিব্রজ্যা চ নিত্যশঃ॥ ৫২
ন তৈঃ সময়মন্বিচ্ছেৎ পুরুষো ধর্ম্মমাচরন্।
ব্যবহারো মিথস্তেষাং বিবাহঃ সদৃশৈঃ সহ॥ ৫৩

---

নত্রগা হাংপা অসিনা কত্তা, উগ্র অমসুং পুকস—জাতি অহুমগী হিংননবা থবক্কি ; থিথপ জাতিগী মনাংনা মুচিগী থবকনি (শউনগী মরম) অহুগা বেপ জাতিগীনা—পুং অমসুং করতালনচিংবা য়ৈবা খিঙ্‌বনি॥ ৪৯॥

জাতি পুম্নমক অসিনা খুংগঙ্ মনাক্তা হৌবা সনাথোংনাং মখোঙ্‌দা, মোংকমদা, চীংয়া-তময়াদা নত্রগা হৈকোন-লৈকোন মনাক্তা মাগী মাগী মনাংনা হিংনহুনা লৈগনি॥ ৫০॥

চণ্ডাল অমসুং শ্বপচ ( হুই চাবা চণ্ডাল মথল অমা=চাঁড়াল ) জাতিগী লৈকমদি খুংগঙ্ মতাইদা ( ময়াদা ) ওইগনি অহুগা মখোয়দি ঈশিংগী পাত্র থম্বা য়াদে, হুই অমদি গাধাতনা মখোয়গী মরুপনি॥ ৫১॥

মখোয়না অশিবা মীগী মফি-মরোল শেৎ-ইনগনি, য়োংকী লৈতেং শিগনি, মকম অমত্তদা অস্থম লেঙ্‌দনা লৈয়োইনবনি—কোয়না অস্থম চত্নবা লৈগনি॥ ৫২॥

সাধুশিলা করিগুম্বা শাস্ত্রনা হায়বা মঙ্গলগী থবক অমা তৌরিঙৈদা মখোয় অসিবু মশক উবা য়াদে ; মখোয়গী লুহোঙ্‌বদি মখোয়গী জাতি তিন্নবশিংতগী মরক্তা-তৌনগনি অমুক্তা শেল পুথোক-পুশিন্নচিবসু অতৈ অতো-অথাংশিংগা তৌনকদে, মখোয় মশেলমক্তা লাহুবা তৌনগনবনি॥ ৫৩॥

অন্ত্যেবাং পন্থানং দ্রেয়ং স্থাভ্রিয়ভাজনে।
রাত্রৌ ন বিচরেয়ুস্তে গ্রামেষু নগরেষু চ ॥ ৫৪
দিবা চরেয়ুঃ কার্য্যার্থং চিহ্নিতা রাজশাসনৈঃ।
অবান্ধবং শবঞ্চৈব নির্হরেয়ুরিতি স্থিতিঃ ॥ ৫৫
বধ্যাংশ্চ হন্যুঃ সততং যথাশাস্ত্রং নৃপাজ্ঞয়া।
বধ্যবাসাংসি গৃহ্নীয়ুঃ শয্যাশ্চাভরণানি চ ॥ ৫৬
বর্ণাপেতমবিজ্ঞাতং নরং কলুষযোনিজম্।
আর্য্যরূপমিবানার্য্যং কর্ম্মভিঃ স্বৈর্বিভাবয়েৎ ॥ ৫৭
অনার্য্যতা নিষ্ঠুরতা ক্রূরতা নিষ্ক্রিয়াত্মতা।
পুরুষং ব্যঞ্জয়ন্তীহ লোকে কলুষযোনিজম্ ॥ ৫৮

---

মখোয়দা চাক পীবা তারবদি চফু মচেৎনচিংবদা হাপ্পগা অতোপ্পা অমবু পীহল্লুগনি, মখোয় অসি অহিংদদি খুংগঙ মমুংদা নত্রগা সহর মনুংনা চঙ্ফদে ॥ ৫৪ ॥

নিংথৌগী শাসন মতুংইন্না ফীরাল, শীংজঙ্নচিংবা থৃদম তৌহনা মখোয়না মথৌ পাঙ্থোক্লবগীদমক অয়ুক মুংথিন্দা কোয়না চৎকনি অমসুং মরীমতা কনাসু লৈত্রবা অশিবশিংবু খুলগী মতাইদা হন্দোক্লুগনি ॥ ৫৫ ॥

নিংথৌগী দণ্ডিনা হাৎফম থোক্লবা মীশিংবু মখোয়না হাৎকনি অমগা হাৎলিবা মী অদুগী ফিজেৎ-লৈতেং অমদি ফম্মুং-কান্নুংনচিংবদু মখোয়না লৌগনি ॥ ৫৬ ॥

বর্ণগী মনুং চন্দ্রবা,—করম্বা জাতিগী নিপানা করম্বা জাতিগী নুপীদা পোকপনো হায়বা খঙ্দ্রবা, সঙ্কর জাতিগী মচা ওইবা, মওঙ্ মতৌনচিংবদি লৈবাক মচা তাবা ওইনা উবা অদুগা অতোনবদি ওইবা—অসিগুম্বা মীদি মানা তৌথোরকপা থবক য়েংলগা মাগী জাতি লেপকনি ॥ ৫৭ ॥

লৈবাক মচা তাদবা, মুংশি হৈত্রবা, হিংসাগী মশক ওইবা

পিত্র্যং বা ভজতে শীলং মাতুর্বোভয়মেব বা।
ন কথঞ্চন দুর্যোনিঃ প্রকৃতিং স্বাং নিযচ্ছতি॥ ৫৯
কুলে মুখ্যেঽপি জাতস্য যস্য স্যাদ্‌যোনিসঙ্করঃ।
সংশ্রয়ত্যেব তচ্ছীলং নরোঽল্পমপি বা বহু॥ ৬০
যত্র ত্বেতে পরিধ্বংসা জায়ন্তে বর্ণদূষকাঃ।
রাষ্ট্রিকৈঃ সহ তদ্রাষ্ট্রং ক্ষিপ্রমেব বিনশ্যতি॥ ৬১
ব্রাহ্মণার্থে গবার্থে বা দেহত্যাগোঽনুপস্কৃতঃ।
স্ত্রীবালাভ্যুপপত্তৌ চ বাহ্যানাং সিদ্ধিকারণম্॥ ৬২

---

শাস্ত্রনা হায়বা থবক অমত্তা তৌদবা—অসিনচিংবা মতৌনা মীওইববু অতোনবা জাতিদা পোকপনি হায়বা থগু হল্লি ॥ ৫৮ ॥

সঙ্কর ওইবা মচা-মশুশিংদি মপা নত্রগা মমাগী, নত্রগা মপা মমা অনিমক্কী মরমচৎ-মতৌ লৌই, মহাকপু অতোনবা জাতিদা পোকপনি হায়বসি মশানা থক লোত্তুনা থমজবা ঙমদে ॥ ৫৯ ॥

অচৌবা শাগৈদা পোকপা মীসু পোক্লকপদা করিগুম্বা দোষ লৈথিবা থোক্লবদি লেপ্পমক মহাকসু থরতবু ওইরবসু য়াম্নবু ওইরবসু মপাগী লোনচৎ-শাজৎ লৌদবদি মরৈত্রে ॥ ৬০ ॥

করিগুম্বা লৈবাক্তা অসিগুম্বা বর্ণ মাঙ্হনবা বর্ণ সঙ্কর জাতি (ঔ-য়ানশিন্নহনা ওইবা) অসি পোকশ্রবদি থীন্দনমক লৈবাক অদু অক-অকবা প্রজাশিং পুম্নমকসু য়াওনা মাঙবা তাকপা ওই-রকই ॥ ৬১ ॥

প্রতিলোম মচা ওইবা, বর্ণগী মহুং চন্দ্রবা মীশিংনা, ষণ, ব্রাহ্মণ, নুপী, অঙাং—মখোয় অসিগী মরক্তা অমগী থুদোং থীবা থোক্লকপদা মনা কংবগী রাথল থাদোক্তুনা মখোয়বু ঙাকপি-কনবী-নবা হোৎনবদা মথন্নায় থাথিবা থোক্লবদি মহুনা মখোয়গী বর্ণ কানবা মরম ওইহল্লি ॥ ৬২ ॥

অহিংসা সত্যমস্তেয়ং শৌচমিন্দ্রিয়নিগ্রহঃ।
এতং সামাসিকং ধর্ম্মং চাতুর্ব্বর্ণ্যেঽব্রবীন্মনুঃ ॥ ৬৩
শূদ্রায়াং ব্রাহ্মণাজ্জাতঃ শ্রেয়সা চেৎ প্রজায়তে।
অশ্রেয়ান্ শ্রেয়সীং জাতিং গচ্ছত্যাসপ্তমাদ্‌যুগাৎ ॥ ৬৪
শূদ্রো ব্রাহ্মণতামেতি ব্রাহ্মণশ্চৈতি শূদ্রতাম্।
ক্ষত্রিয়াজ্জাতমেবন্তু বিদ্যাদ্বৈশ্যাৎ তথৈব চ ॥ ৬৫
অনার্য্যায়াং সমুৎপন্নো ব্রাহ্মণাত্তু যদৃচ্ছয়া।
ব্রাহ্মণ্যামপ্যনার্য্যাত্তু শ্রেয়স্ত্বং ক্বেতি চেদ্ভবেৎ ॥ ৬৬
জাতো নার্য্যামনার্য্যায়ামার্য্যাদার্য্যো ভবেদ্‌গুণৈঃ।
জাতোঽপ্যনার্য্যাদার্য্যায়ামনার্য্য ইতি নিশ্চয়ঃ ॥ ৬৭

---

জীব হিংসা তৌদবা, অচুম্বা ওাঙ্‌বা, মশা শেংনা লৈবা, ইন্দ্রি লাকশিনবা—ধর্ম্ম মথল মরি অসিদি বর্ণ মরিমক্কী অমদি সঙ্কীর্ণ-জাতি পুম্নমক্কী তৌফম থোকপা মথৌনি হায়না মনুনা হায়রম্মী ॥৬৩॥

ময়ুম পাল্লবী শূদ্রনুপীদা ব্রাহ্মণনা পোকপী পারশব-নিঙোলমু অতোপ্পা ব্রাহ্মণ অমনা লোৎপ্রবদি অতুগা মাগী মচানুপী অদুমু ব্রাহ্মণনা অমুক লোৎপ্রবদি অতুগা মওঙ্ অসুম্না মথং মথং মীরোন ৭ ফাওবা ব্রাহ্মণ শম্নরক্লবদি পারশব হায়না থঙ্নরম্বা বর্ণ অদু মরম অফবা শম্নবদগী মথং মথং চিংথৎলক্কনা তরেৎ শুরকপা মীরোল অদুদি অশেংবা ব্রাহ্মণ ওইজরবা ফংই ॥ ৬৪ ॥

অসুম তৌনা শূদ্রনসু ব্রাহ্মণ ওইবা য়াবগুম, ব্রাহ্মণনসু শূদ্র ওইনা হন্থখি,—ক্ষেত্রি অমসুং বৈশ্যগীসু অসি মওায় ॥ ৬৫ ॥

ব্রাহ্মণনা শূদ্রনুপীদা পোকপা মচা, অদুগা শূদ্রনা ব্রাহ্মণীদা পোকপা মচা—অনি অসিগী মরক্তা কয়ম্বা মচানা হেন্না ফবগে? অসুম হায়না হংবগী পাউখুমদি—॥ ৬৬ ॥

ব্রাহ্মণনা শূদ্রনুপীদা পোকপা মচা অদুনা পাকযজ্ঞ (চরু হোম তৌবা যজ্ঞ) নচিংবা মথৌ তৌদুনা মশাগী গুণ চেন্নবদি মহাক অদুনা থোইদোক্লা হেল্লি হায়না খীংথানৈ; শূদ্রনা ব্রাহ্মণ নুপীদা

তাবুভাবপ্যসংস্কার্য্যাবিতি ধর্ম্মো ব্যবস্থিতঃ।
বৈগুণ্যাজ্জন্মনঃ পূর্ব্ব উত্তরঃ প্রতিলোমতঃ॥ ৬৮
সুবীজঞ্চৈব সুক্ষেত্রে জাতং সম্পদ্যতে যথা।
তথার্য্যাজ্জাত আর্য্যায়াং সর্ব্বং সংস্কারমর্হতি॥ ৬৯
বীজমেকে প্রশংসন্তি ক্ষেত্রমন্যে মনীষিণঃ।
বীজক্ষেত্রে তথৈবান্যে তত্রেয়ন্তু ব্যবস্থিতিঃ॥ ৭০
অক্ষেত্রে বীজমুৎসৃষ্টমন্তরৈব বিনশ্যতি।
অবীজকমপি ক্ষেত্রং কেবলং স্থণ্ডিলং ভবেৎ॥ ৭১

---

পোকপা মচা অত্থদি—মাগী মহৌশা ওইনা শোয়দনা অত্থম্বক অতোনবা হায়বত্থ ওইজরকই ॥ ৬৭ ॥

হায়খ্রিবা মথল অনি অসিগী মরক্তা অহানবদা হায়খ্রবা নিষাদ নত্রগা পারশব অনিনা ব্রাহ্মণগী মচা ওইরবস্থ শূদ্র নিঙোলদা পোকপা ওইবনা তৌফম থোকপা নগুণ-থাংবনচিংবা সংস্কারনা মশা শেংদোকপা য়াদে অত্থগা চণ্ডাল-ব্রাহ্মণী অনিগী মচাস্থ প্রতিলোম মচা ওইবনা বেদ মন্ত্রনচিংবনা সংস্কার তৌবা য়াদে—মসি শাস্ত্রগী ব্যবস্থানি ॥ ৬৮ ॥

লৌফম অফবদা অফবা মরূ হুল্লগা মহে-মরোং অফবা থোক-পগুম দ্বিজাতিনা অনুলোম মত্থংইন্না দ্বিজাতি ওইবী নূপীদা পোকপা মচাদি নগুন থাংবনচিংবা সংস্কার পূম্নমক শুনা তৌবা য়াই ॥ ৬৯ ॥

পণ্ডিতশিংগী মরক্তা কনানা মরূবু থাগৎলি, কনানা লৌফম-তবু থাগৎলি, কনা অমনা অমুক মরূ-লৌফম অনিমকপু থাগৎলি; অসিগুম্বা মত থেন্নরকপা মতাংদা মথাগী ব্যবস্থা অসিনা অকনবা মত ওইনা লৌগনি মত্থদি—॥ ৭০ ॥

লৈহাউ চেন্দবা লমদদি মরূ অফবা থাহুনস্থ ময়োন চোংবা ওমদে, মাঙ হুনা তোকই অত্থগা লৈহাউ চেন্নবা মফম ওইহুনস্থ মরূবু হুন্দ্রবদি লৌফম অত্থ মাঙ হুনা মতোকই। মসিনা থঙ ই—মরূ-লৌফম অনিমক অকবতনা অথোইবনি ॥ ৭১ ॥

যস্মাদ্বীজপ্রভাবেণ তির্য্যগ্‌জা ঋষয়োঽভবন্‌ ।
পূজিতাশ্চ প্রশস্তাশ্চ তস্মাদ্বীজং প্রশস্যতে ॥ ৭২
অনার্য্যমার্য্যকর্ম্মাণমার্য্যঞ্চানার্য্যকর্ম্মিণম্‌ ।
সম্প্রধার্য্যাব্রবীদ্ধাতা ন সমৌ নাসমাবিতি ॥ ৭৩
ব্রাহ্মণা ব্রহ্মযোনিস্থা যে স্বকর্ম্মণ্যবস্থিতাঃ ।
তে সম্যগুপজীবেয়ুঃ ষট্‌ কর্ম্মাণি যথাক্রমম্‌ ॥ ৭৪
অধ্যাপনমধ্যয়নং যজনং যাজনং তথা ।
দানং প্রতিগ্রহশ্চৈব ষট্‌ কর্ম্মাণ্যগ্রজন্মনঃ ॥ ৭৫

---

মরানা হেল্লি হায়বগী মরমদা খূদম অমা পীরি—তির্য্যগ্‌জাতি ( শা-উচেকী জাতি ) দগী পোক্লকপা ঋষ্যশৃঙ্গনচিংবনা বীর্য্য ( মরা ) গী মপান্না ঋষি ওইহনা মী পুন্নমক্কী লাৎনফম ওইখি অমসুং মতিক চাবা বেদ-জ্ঞান্নচিংবা লৈবনা পুন্নমক্কী থাগৎনফম ওইখি ॥ ৭২ ॥

শূদ্রনা দ্বিজাতিগী মথৌ তৌরবা অদুগা দ্বিজাতিনা শূদ্রগী মথৌ তৌরবা অদু ওইরবদি মখোয় অনিমক থোং মান্নরবরা হায়ববু মহুদি নত্তে, মান্নবসু নত্তে, মান্নদবসু নত্তে—ব্রহ্মানা মসিগী মরম তোপ তোপ্না লেপ্তুনা তাকপিরম্মী। শূদ্রনা দ্বিজাতিগী মথৌ তৌরবসু দ্বিজাতিগা থক মান্নবা য়াদে, মরমদি—শূদ্রনা দ্বিজাতিগী মথৌ তৌবগী হক লৈতে; অদুগা দ্বিজাতিনা শূদ্রগী মথৌ তৌরবসু শূদ্রগা মান্নবা চিংথবদি ওইদে, মরমদি—ফত্তবা থবক তৌহনসু মী অদুগী জাতি অফবা অদুদি থক মাঙ্‌বা য়াদে ॥ ৭৩ ॥

বেদতগা য়াওনহনা মথৌ কায়দনা তৌরিবা ব্রাহ্মণশিংনা বেদ তম্বীবনচিংবা কর্ম্ম ৬ মক শুনা তৌগনি ॥ ৭৪ ॥

অজশিংগা লোয়ননা বেদবু তম্বা অমদি তাকপিবা, যজ্ঞনচিংবা তৌবা, পুরোহিতকী থবক তৌবা, দান তৌবা অমসুং দান লৌবা—৬ অসি ব্রাহ্মণগী মথৌ শুনি ॥ ৭৫ ॥

**ষণ্ণান্তু কর্ম্মণামস্য ত্রীণি কর্ম্মাণি জীবিকা।**
**যাজনাধ্যাপনে চৈব বিশুদ্ধাচ্চ প্রতিগ্রহঃ॥ ৭৬**
**ত্রয়ো ধর্ম্মা নিবর্ত্তন্তে ব্রাহ্মণাৎ ক্ষত্রিয়ং প্রতি।**
**অধ্যাপনং যাজনঞ্চ তৃতীয়শ্চ প্রতিগ্রহঃ॥ ৭৭**
**বৈশ্যং প্রতি তথৈবৈতে নিবর্ত্তেরন্নিতি স্থিতিঃ।**
**ন তৌ প্রতি হি তান্ ধর্ম্মান্ মনুরাহ প্রজাপতিঃ॥ ৭৮**
**শস্ত্রাস্ত্রভৃত্ত্বং ক্ষত্রস্য বণিক্পশুকৃষির্বিশঃ।**
**আজীবনার্থং ধর্ম্মস্তু দানমধ্যয়নং যজিঃ॥ ৭৯**
**বেদাভ্যাসো ব্রাহ্মণস্য ক্ষত্রিয়স্য চ রক্ষণম্।**
**বার্ত্তাকর্ম্মৈব বৈশ্যস্য বিশিষ্টানি স্বকর্ম্মসু॥ ৮০**

---

৬ অসিগী মনুংদা বেদ তম্বীবা, পুরোহিতকী থবক তৌবা, অমসুং অশেংবা দান লোবা—অহুম অসিনা ব্রাহ্মণগী হিংনবগী লম্বীনি ॥ ৭৬ ॥

পুরোহিত ওইবা, বেদ তম্বীবা, দান লোবা অহুম অসি ক্ষেত্রিশিংনা তৌবা য়াদে। দান তৌবা, বেদ তম্বা, অমসুং যজ্ঞ তৌবা—অহুম অসিনা ক্ষেত্রিগী মথৌনি ॥ ৭৭ ॥

ক্ষেত্রিগুম্না বৈশ্যগীসু পুরোহিত ওইবা, বেদ তম্বীবা, দান লোবা—অহুম অসি তৌবা য়াদে। মরমদি, প্রজাপতি ওইবা মনুনা অহুম অসিবু ক্ষেত্রি, বৈশ্যগী থবক্নি হায়না লেপ্লিরমদে ॥৭৮॥

ক্ষেত্রি মচাগী মনাংতি, প্রজাবু ঙাক্লবগীদমক খুৎসু-খুৎলাই পায়বনি; বৈশ্যগী হিংনবা উপায়না—শা-ষণ য়োকপা, লৌউ-শীংউবা, লম্লোন-ঈতিক তৌবা অসিনি। অহুগা দান তৌবা, যাগ যজ্ঞগী থবক পাঙ্থোকপা অমসুং মহৈ মশিন তমশিনবা—অসিগুম্বা থবক মথল অহুম অসিনা ক্ষেত্রি, বৈশ্য অনিমক্কী ধর্ম্মগী লম্বীনি ॥ ৭৯ ॥

মথক্তা হায়রিবা দ্বিজাতিশিংগী হিংনবা পাম্বেশিং অহুগী মনুংদা বেদ তম্বনা ব্রাহ্মণগী, প্রজা ঙাকপনা ক্ষেত্রিগী, লম্লোনবা অমসুং প্রজা য়োকপনা বৈশ্যগী অথোইবা ধর্ম্মনি খঙ্গনি ॥ ৮০ ॥

অজীবংস্তু যথোক্তেন ব্রাহ্মণঃ স্বেন কর্ম্মণা ।
জীবেৎ ক্ষত্রিয়ধর্ম্মেণ স হ্যস্য প্রত্যনন্তরঃ ॥ ৮১
উভাভ্যামপ্যজীবংস্তু কথং স্যাদিতি চেদ্ভবেৎ ।
কৃষিগোরক্ষমাস্থায় জীবেদ্বৈশ্যস্য জীবিকাম্ ॥ ৮২
বৈশ্যবৃত্ত্যাপি জীবংস্তু ব্রাহ্মণঃ ক্ষত্রিয়োঽপিবা ।
হিংসাপ্রায়াং পরাধীনাং কৃষিং যত্নেন বর্জ্জয়েৎ ॥ ৮৩
কৃষিং সাধ্বিতি মন্যন্তে সা বৃত্তিঃ সদ্বিগর্হিতা ।
ভূমিং ভূমিশয়াংশ্চৈব হন্তি কাষ্ঠময়োমুখম্ ॥ ৮৪
ইদন্তু বৃত্তিবৈকল্যাৎ ত্যজতো ধর্ম্মনৈপুণম্ ।
বিট্‌পণ্যমুদ্ধৃতোদ্ধারং বিক্রেয়ং বিত্তবর্দ্ধনম্ ॥ ৮৫

---

ব্রাহ্মণনা, মথক্তা হায়খিবা অসুম্না বেদ তম্বীবনচিংবা মশাগী মনাৎনা ইমুং-মচুং থাক্ত্রনা হিংননবা হোৎনবা ঙম্লক্ত্রবদি খুল-সহর-নচিংবা ঙাকপনচিংবা ক্ষেত্রিগী মথৌ তাংদুনা হিংননবা হোৎনগনি, মরমদি—মসিনা ব্রাহ্মণগী তঙাই ফরক্ত্রবা মতমগী ধর্ম্মনি হায়না লেপলম্মী ॥ ৮১ ॥

মশাগী মনাৎ অমসুং ক্ষেত্রিগী মনাৎ অনি অসিনসু হিংবা ঙম্লক্ত্রবদি লৌউ শীং-উবা অমদি লল্লোনবনচিংবা বৈশ্যগী মশিল অমুক তাংগনি ॥ ৮২ ॥

খুদোং থীরবা মতমদা বৈশ্যগী মশিল তৌদুনা হিংনবা তারবদি ব্রাহ্মণ অমসুং ক্ষেত্রিনা হিংসাগী থবক য়াম্না লৈবা যগনচিংবা য়াও-দবা য়াদবা অতুগুম্বা লৌ-খোইবগী থবক্তি য়ারবসু য়ানা থাদোক-কনি ॥ ৮৩ ॥

কনা কনাগুম্বনা হায়নৈ মহুদি—লৌ-শীং-উদুনা চাবনা অফবা থবক্নি, অদুবু সাধু ওইবা মীশিংনদি লাঙ্গল-লোঙ্‌খুম্নচিংবনা খোই-মকপাদা লৈপাক্তা লৈবা থবাম পানবা য়াম্না মাঙ্‌হল্লুবা মাই, মরম অদুনা লৌ-উদুনা চাবনি ফক্তে হায় ॥ ৮৪ ॥

ব্রাহ্মণ অমসুং ক্ষেত্রিনা মাগী মাগী মশিলনা হিংবা য়াদ্রবা

সর্ব্বান্ রসানপোহেত কৃতান্নঞ্চ তিলৈঃ সহ।
অশ্মনো লবণঞ্চৈব পশবো যে চ মানুষাঃ॥ ৮৬
সর্ব্বঞ্চ তান্তবং রক্তং শাণক্ষৌমাবিকানি চ।
অপি চেৎ স্যুররক্তানি ফলমূলে তথৌষধী॥ ৮৭
অপঃ শাস্ত্রং বিষং মাংসং সোমং গন্ধাংশ্চ সর্ব্বশঃ।
ক্ষীরং ক্ষৌদ্রং দধি ঘৃতং তৈলং মধু গুড়ং কুশান্॥ ৮৮
আরণ্যাংশ্চ পশূন্ সর্ব্বান্ দংষ্ট্রিণশ্চ বয়াংসি চ।
মদ্যং নীলীঞ্চ লাক্ষাঞ্চ সর্ব্বাংশ্চৈকশফাংস্তথা॥ ৮৯

---

বদা অমদি ধর্ম্ম তানবগী থবক্তা অপনবা ওইরক্রবদা মখোয়না, বৈশ্যনা য়োনকম থোকপা পোৎশিংগী মরক্তা মথাগী পোৎশিং অসিদং থাদোক্লগা অতৈ অতৈ পোৎ য়োন্দুনা জীবিকা ওইনবা ত্তৌগনি॥ ৮৫॥

অথাবা, অথুম্বনচিংবা মহাউ লৈবা পোৎ পূম্নমক, চাক, থোয়দিং, থুম, নুং, শা, অমদি মী—পূম্নমক অসি ব্রাহ্মণ অমস্থং ক্ষেত্রিনা য়োনবা য়াদে॥ ৮৬॥

কুসুম কোবা লৈনচিংবনা মচু শঙ্লবা অঙাঙ্বা লংনা শাবা ফিগী মথল পূম্নমক, শু, মুগা-ফি অমদি য়াউ মতুনা শাবা কম্বলন-চিংবা—মখোয় অসিদি মচু ঙাঙদ্রবমকস্থ য়োনবা য়াদে॥ ৭॥

ঈশিং, থৃংস্থ-থৃংলাই, হু, শদুম, সোম কোবা উরীগী মহী, মনম নাইবা পোৎ পূম্নমক, শংগোম অনোবা, অফম্বা, ঘি, থাউ, থোইরু, থোইহী, কুশ অমস্থং চুহী—মখোয়শিং অসিস্থ য়োনবা য়াদে॥ ৮৮॥

উমংগী শা পূম্নমক থোইদোক্লদি শামুনচিংবা অচৌবা ময়া হৌবা শা-শিং, খুজীন লোঙ্খুম পানবা শগোলনচিংবা শ, উচেক; নিম, যু, অমস্থং চা (লাক্ষা)—পোৎশিং অসিস্থ য়োল্লোই-দবনি॥ ৮৯॥

কামমুৎপাদ্য কৃষ্যান্তু স্বয়মেব কৃষীবলঃ।
বিক্রীণীত তিলান্ শুদ্ধান্ ধর্ম্মার্থমচিরস্থিতান্ ॥ ৯০
ভোজনাভ্যঞ্জনাদ্দানাদ্ যদন্যৎকুরুতে তিলৈঃ।
কৃমিভূতঃ শ্ববিষ্ঠায়াং পিতৃভিঃ সহ মজ্জতি ॥ ৯১
সদ্যঃ পততি মাংসেন লাক্ষয়া লবণেন চ।
ত্র্যহেণ শূদ্রীভবতি ব্রাহ্মণঃ ক্ষীরবিক্রয়াৎ ॥ ৯২
ইতরেষান্তু পণ্যানাং বিক্রয়াদিহ কামতঃ।
ব্রাহ্মণঃ সপ্তরাত্রেণ বৈশ্যভাবং নিযচ্ছতি ॥ ৯৩

---

মশানা লৌ থোইরগা থোইদিং লোক্তুনা অতৈ পোৎ অমা য়ানশিনবা তৌদনা ধর্ম্মগী থবক্তা শীজিন্নবগীদমক য়াম্না থুনা য়োম্থোকপা য়াই, অদুগা মতম খরা ঙাইথরগা য়োল্লবদি হেন্না কান্নগনি খন্দুনা কুইনা থম্লগদি (লীদুনা থম্লগা) খক য়োল্লোইদবনি ॥৯০॥

চানবা, হকচাং তৈনবা অমদি দান তৌননবা নত্তনা কনাগুম্বনা থাউবু অতোপ্পা অমদা শীজিন্নবা হায়বদি য়োনবনচিংবা তৌরবদি মদুগী দোষনা মী অদু মপা মপুশিং লোয়ননা হল ওইদুনা হুইথীদা তাদুনা লৈ ॥ ৯১ ॥

শদুম, থুম অমদি চা ( লাক্ষা ) য়োল্লবদি ব্রাহ্মণ অদু খুদক্তা অদুম্বক জাৎ তারে অদুগা হুমিৎ হুমনি শুনা শংগোম য়োল্লগনা শূদ্রগা মান্নরে ॥ ৯২ ॥

শদুম্মচিংবতা নত্তনা অথিংবা পোৎ অতৈবু খঙ্না খঙ্না মথং মথং হুমিৎ ৭ নি শুনা য়োল্লবদি ব্রাহ্মণ অদু বৈশ্য ওল্লি ॥ ৯৩ ॥

রসকী পোৎ অমগা অতোপ্পা রসকী পোৎ অমগা ওন্নবা য়াই, অদুনা ঘি, থোইহিনচিংবা রসকী পোৎকা থুমগা শিন্নবদি য়াদে, চাকী মহক্তা চেঙ্ লৌবা য়াই অদুগা ফোগা থোয়দিংগা চাং য়াম্লনা ওন্নবা য়াই ॥ ৯৪ ॥

রসা রসৈর্নিমাতব্যা ন ত্বেব লবণং রসৈঃ।
কৃতান্নঞ্চাকৃতান্নেন তিলা ধান্যেন তৎসমাঃ।। ৯৪
জীবেদেতেন রাজন্যঃ সর্বেণাপ্যনয়ং গতঃ।
ন ত্বেব জ্যায়সীং বৃত্তিমভিমন্যেত কর্হিচিৎ।। ৯৫
যো লোভাদধমো জাত্যা জীবেদুৎকৃষ্টকর্মভিঃ।
তং রাজা নির্দ্ধনং কৃত্বা ক্ষিপ্রমেব প্রবাসয়েৎ।। ৯৬
বরং স্বধর্ম্মো বিগুণো ন পারক্যঃ স্বনুষ্ঠিতঃ।
পরধর্ম্মেণ জীবন্ স্বধর্ম্মেণ শূদ্রবৃত্ত্যাপি বর্ত্তয়েৎ। ৯৭
বৈশ্যোঽজীবন্ স্বধর্ম্মেণ শূদ্রবৃত্ত্যাপি বর্ত্তয়েৎ।
অনাচরন্নকার্য্যাণি নিবর্ত্তেত চ শক্তিমান্।। ৯৮

---

খুদোং থীরক্লবদা ব্রাহ্মণনা জীবিকাগীদমক বৈশ্যগী মশিন তাংবা য়াবগী মরমদা হায়গ্রিবশিং অসি ক্ষেত্রিস্তু খুদোং থীরক্লবদদি অহুম্না তৌহনা হিংনবা য়াই, অহুমদি ওইরগা কেদৌঙৈদস্তু ব্রাহ্মণগী মশিনদদি খুৎ থারোইদবনি ।। ৯৫ ।।

কনাগুম্বা অতোনবা জাতি অমনা মথক্কী অহেনবা জাতিগী মশিন তাংহনা চারম্নবদি মচাক মরল পুম্নমক মৎলগা মাবু লৈবাক্তগী তাম্থোকথিগদবনি ।। ৯৬ ।।

তোপ্লবস্তু তোম্না মশাগী ধর্ম্মনা য়াবা থবক্তি পুম্নমক্লা তৌক্ম থোকই ; অহুগা পাপচেনবা মীগী মথৌদি ফন-কহুনস্তু মহু মীনা তৌনগদবা নত্তে মরমদি—অতোপ্পা জাতি অমগী মথৌ লামশিল্লু-রবদি মা অহু খুদক্তা জাত তাবা হায়বহু ওই ।। ৯৭ ।।

বৈশ্যনা মশাগী মনাৎ তৌহনা হিংনবা ঙমত্রবদি মীগী লুখাক চাবনচিংবা অতোনবা মতৌদি য়াওদনা শূদ্রগুম্না দ্বিজশিংগী সেবা তৌহনা হিংনবা হোৎনগনি অহুমদি ওইরগা মীগী অরাবা লেঙবা বহুংদদি শূদ্রগুম মীগী সেবা তৌবহু থাদোকদবনি ।। ৯৮ ।।

অশক্নুবংস্তু শুশ্রূষাং শূদ্রঃ কর্ত্তুং দ্বিজন্মনাম্ ।
পুত্রদারাত্যয়ং প্রাপ্তো জীবেৎ কারুককর্মভিঃ ॥ ৯৯
যৈঃ কর্মভিঃ প্রচরিতৈঃ শুশ্রূষ্যন্তে দ্বিজাতয়ঃ ।
তানি কারুককর্মাণি শিল্পানি বিবিধানি চ ॥ ১০০
বৈশ্যবৃত্তিমনাতিষ্ঠন্ ব্রাহ্মণঃ স্বে পথি স্থিতঃ ।
অবৃত্তিকর্ষিতঃ সীদন্নিমং ধর্ম্মং সমাচরেৎ ॥ ১০১
সর্ব্বতঃ প্রতিগৃহ্নীয়াদ্ ব্রাহ্মণস্ত্বনয়ং গতঃ ।
পবিত্রং দুষ্যতীত্যেতদ্ ধর্ম্মতো নোপপদ্যতে ॥ ১০২
নাধ্যাপনাদ্‌যাজনাদ্বা গর্হিতাদ্বা প্রতিগ্রহাৎ ।
দোষো ভবতি বিপ্রাণাং জ্বলনাম্বুসমা হি তে ॥ ১০৩

---

শূদ্রনা করিগুম্বা দ্বিজাতিশিংগী সেবা তৌবা ঙমদবা খোক্লবদি মচু-মচানচিংবা থাকপা ঙমজনবা খূৎ-শা হৈবগী থবক্না জীবিকা ওইনবা হোৎনগনি ॥ ৯৯ ॥

অদুগা মতুমক্তি—হায়বদি য়েকপা-খোৎপা অমদি খূৎ-শা হৈবগী থবক পুন্নমক অদু দ্বিজশিংগী সেবা ওইবদমক তৌগ-দবনি—॥ ১০০ ॥

মশাগী লম্বী থাদোক্তি্বা ব্রাহ্মণনা তৌকম খঙ্দহনা অন্না-অনা নংলবা ফাওবদা ক্ষেত্রি অমদি বৈশ্যগী মশিল তাংত্রবদি মথাগী মথৌশিং অসি তৌহনা হিংনবা হোৎনগনি ॥ ১০১ ॥

খুদোং থীরক্লবদি ব্রাহ্মণনা পুম্নমক্তগী দান লৌবা য়াই, গঙ্গাগী ঈশিংবু ফত্তবা পোৎ তাহনস্তু মাংহনবা ঙমদবগুম মশানা তশেং তশেং লৈজবা, ধর্ম্মদা পুক্নিঙ্ লুপলিবা ব্রাহ্মণস্তু ফত্তবা দান লৌবদা পাপ্ মা থক শোক্লবা ঙমদে ॥ ১০২ ॥

ব্রাহ্মণদি মহৌশানা মৈ-ঈশিংগুম্না শেংই ; খুদোং থীরক্লবদদি যজমান চাবা অমদি লাইরিক-লাইশু তম্বীবদা শেল লৌবনচিংদা অচোম্বা থবক তৌরবস্তু দোষ লৈতে ॥ ১০৩ ॥

জীবিতাত্যয়মাপন্নো যোঽন্নমত্তি যতস্ততঃ।
আকাশমিব পঙ্কেন ন স পাপেন লিপ্যতে ॥ ১০৪
অজীগর্ত্তঃ সুতং হন্তুমুপাসর্পদ্বুভুক্ষিতঃ।
ন চালিপ্যত পাপেন ক্ষুৎপ্রতীকারমাচরন্ ॥ ১০৫
শ্বমাংসমিচ্ছন্নার্ত্তোঽত্তুং ধর্ম্মাধর্ম্মবিচক্ষণঃ।
প্রাণানাং পরিরক্ষার্থং বামদেবো ন লিপ্তবান্ ॥ ১০৬
ভরদ্বাজঃ ক্ষুধার্ত্তস্তু সপুত্রো বিজনে বনে।
বহ্বীর্গাঃ প্রতিজগ্রাহ বৃধোস্তক্ষ্ণো মহাতপাঃ ॥ ১০৭
ক্ষুধার্ত্তশ্চাত্তুমভ্যাগাদ্বিশ্বামিত্রঃ শ্বজাঘনীম্।
চণ্ডালহস্তাদাদায় ধর্ম্মাধর্ম্মবিচক্ষণঃ ॥ ১০৮

---

চাক ফংত্রবদি শিরগদবা অহুগুম্বা মতমদদি ব্রাহ্মণনা অতোনবা মীগী চাক চারম্লবমকস্ত—আতিয়া অসিদা লৈথোম তৈশিন্নুবা মাদবগুম মহাকপু পাপ অমত্তনা মকশিলহনবা ঙমদে ॥ ১০৪ ॥

অজীগর্ত্ত হায়না কৌবা ঋষিনা মপূক লাম্মল্লহনা মাগী মচানিপা 'শুনঃ শেফ' পু যণবী ১০০ লৌহুনা যজ্ঞগীদমক য়োম্হোকখিহনা মচাবু হাৎননবা থৌরাঙ্ তৌখ্রবমক্তদস্যু—মপূক্কী অম্নামখৌম্নাংবা কোক্লবগীদমক ভৌখিবা ওইবনা মডোন্দা পাপ অমত্তা চঙ্খিদে ॥ ১০৫ ॥

ধর্ম্ম, অধর্ম্মগী মশক মুম্না খঙ্লবা 'বামদেব ঋষিনা' লাম্মল্লবদগী মথরাম কম্লনবগীদমক হুই-শা চাগে তৌরুই—অহুমক্তদস্যু [illegible] পাপ চঙ্খিদে ॥ ১০৬ ॥

অকনবা তপ তৌবা 'ভরদ্বাজ' মুনিনা মপূক লামতনা মচানিপাগা লোয়ননা অচীকপা বনদা লৈরগা 'বৃধু' হায়না কৌবা সূত্রধর (মংনাইবা) অহুদগী দান ওইনা যণবী ময়াম লৌখিবদস্যু চুমদবা দান অসি লৌবগীদমক পাপ চঙ্বা তৌখিদে ॥ ১০৭ ॥

ধর্ম্মগী মশক মুম্না খঙ্লবা 'বিশ্বামিত্র' কৌবা ঋষিনা [illegible]-

প্রতিগ্রহাদ্ যাজনাদ্বা তথৈবাধ্যাপনাদপি।
প্রতিগ্রহঃ প্রত্যবরঃ প্রেত্য বিপ্রস্য গর্হিতঃ ॥ ১০৯
যাজনাধ্যাপনে নিত্যং ক্রিয়েতে সংস্কৃতাত্মনাম্।
প্রতিগ্রহস্তু ক্রিয়তে শূদ্রাদপ্যন্ত্যজন্মনঃ ॥ ১১০
জপহোমৈরপৈত্যেনো যাজনাধ্যাপনৈঃ কৃতম্।
প্রতিগ্রহনিমিত্তন্তু ত্যাগেন তপসৈব চ ॥ ১১১
শিলোঞ্ছমপ্যাদদীত বিপ্রোঽজীবন্ যতস্ততঃ।
প্রতিগ্রহাচ্ছিলঃ শ্রেয়াংস্ততোঽপ্যুঞ্ছঃ প্রশস্যতে ॥ ১১২

---

খোবাংবনা রাবরুবদা চণ্ডালগী মথৃত্তগী লৌতুনা ভুক্কচরবা হুইশা চাখি অদুবু মহাক পাপ পুখিদে ॥ ১০৮ ॥

ব্রাহ্মণনা লাইরিক তম্বীবদা শেল লৌবা, যজমান চাবা অমসুং দান লৌবা অহুম অসিগী মরক্তা দান লৌবনা খ্বায়দগী অতোনবা থবক্নি ॥ ১০৯ ॥

হৌনবী নঙণ থাংবনচিংবা সংস্কারনা শেংদোক্লবা দ্বিজাতি-শিংগী যজ্ঞনচিংবা তৌবীবা অমদি বেদ তম্বী তাকপীবনা ব্রাহ্মণগী নিতিগী ওইবা মথৌনি অদুবু খুদোং থীরক্লবদদি অতোনবা জাতি শূদ্রমক্তগীসু দান লৌবা যাই। মসিনা তাকই—যজমান চাবা অমদি বেদ তম্বীবদগীদি দান লৌবনা য়াম্না হন্থবা থবক্নি ॥ ১১০ ॥

শূদ্রনচিংবা অতোনবা জাতিগী পুরোহিত ওইবা অমদি মখোয়বু লাইরিক-লাইগুনচিংবা তম্বীবা অসিনচিংবা থবক্তগী পোক্লকপা পাপ অদুদি জপ অমসুং হোম তৌরগা কোকই ; অদুগা কত্তবা দান লৌবগী পাপ-তি লৌক্লরিবা পোৎ অদু থাদোকখ্রগা খা অমা চুম্না পয়ঃপান ( ঈশিং নঙ্গগা সংগোমতা থক্নুনা ) নচিংবা তৌদুনা জপ তৌগনি ॥ ১১১ ॥

মশাগী বৃত্তি ( মশিল, মনাৎ ) মা হিংনবা ঙমত্রবদি ব্রাহ্মণনা উপপাতক ( মন হাংপনচিংবা পাপ তৌবা ) ওইবা মৌগী মকমদগীসু শিলোঞ্ছ বৃত্তি ( মরোং থাওবা জোইশ্রবদা লৌকমদগী অতাবা খুনবা

সীদদ্ভিঃ কুপ্যমিচ্ছদ্ভির্ধনং বা পৃথিবীপতিঃ।
যাচ্যঃ স্যাৎ স্নাতকৈর্বিপ্রৈরদিৎসংস্ত্যাগমর্হতি ॥ ১১৩
অকৃতঞ্চ কৃতাৎ ক্ষেত্রাদ্‌গৌরজাবিকমেব চ।
হিরণ্যং ধান্যমন্নঞ্চ পূর্ব্বং পূর্ব্বমদোষবৎ ॥ ১১৪
সপ্ত বিত্তাগমা ধর্ম্ম্যা দায়ো লাভঃ ক্রয়ো জয়ঃ।
প্রয়োগঃ কর্ম্মযোগশ্চ সৎপ্রতিগ্রহ এব চ ॥ ১১৫

---

অমদি ফুদিং থম্না ) না হিংনগনি ; মরমদি চুমদবা মওঙ্গী দান লৌবদগীদি তাহৌবা মরোং খুনবনা হেন্না কৈ—অতুগা ফুদিং থম্পনা মতুদগীস্তু অমুক হেন্না কৈ ॥ ১১২ ॥

স্নাতক ব্রাহ্মণনা লৈত-লায়রনা মরম ওইদুনা ধর্ম্মগী থবক অমদি ইমুংগী মচা-মশূনচিংবা থাকপদা ঙম্লক্তদুনা কৌ, ফি-রোন অমদি সনা লূপ'নচিংবা নত্তবা অতৈ পোৎ অমদি শেল-থুমনচিংবদি ক্ষেত্রিদগী নিগনি, ক্ষেত্রিনা লীকপদগী পীনিঙ্‌দবা উরবদি মাবু থাদোক্লমগনি ॥ ১১৩ ॥

থোইদোক্লবা লৌকমদগীদি থোইদোক্তবা লৌকমদা থোকপা মরোং লৌবনা হেন্না কৈ, যণ, হামেঙ্‌, য়াউ, সনা, ফি, কৌ, চাক —মথোয় অসিন্তু অহান অহানবদা হায়বা পোৎ লৌবনা অকোন অকোনবদগী ফবা হেন্নি ॥ ১১৪ ॥

লন তানবগী ধর্ম্মনা য়াবা মরম তরেৎনি মতুদি ;—ফংফম পোক্ননা ( য়েন্নবদা ) ফংবা, মরাপ-মপাংদগী ফংবা, লৈশিন্নুবা পোৎ, য়েক্লবনু ঙমদুনা ফংবা, কৌনচিংবা মাগী মাগী শিনকমনা ফংলকপা পোৎ, লৌ-শীংউবা অমদি লম্লোন-ইতিক্লা ফংবা, অমসুং অচুম্বা অশেংবা দান লৌবা। মসিগী মনুংদা অহানবগী অহুম অসিনা বর্ণ পুম্নমকীনি, মরিগুবদুনা ক্ষেত্রিগীনি, মগা অমসুং তরাক-তবা অসিনা বৈশ্যগীনি অতুগা তরেৎতবা অসিনা ব্রাহ্মণগীদি অমুনমি ॥ ১১৫ ॥

বিদ্যা শিল্পং ভৃতিঃ সেবা গোরক্ষ্যং বিপণিঃ কৃষিঃ।
ধৃতির্ভৈক্ষ্যং কুসীদঞ্চ দশ জীবনহেতবঃ ॥ ১১৬
ব্রাহ্মণঃ ক্ষত্রিয়ো বাপি বৃদ্ধিং নৈব প্রযোজয়েৎ।
কামন্তু খলু ধর্ম্মার্থং দদ্যাৎ পাপীয়সেঽল্পিকাম্ ॥ ১১৭
চতুর্থমাদদানোঽপি ক্ষত্রিয়ো ভাগমাপদি।
প্রজা রক্ষন্ পরং শক্ত্যা কিল্বিষাৎ প্রতিমুচ্যতে ॥ ১১৮
স্বধর্ম্মো বিজয়স্তস্য নাহবে স্যাৎ পরাঙ্মুখঃ।
শস্ত্রেণ বৈশ্যান্ রক্ষিত্বা ধর্ম্ম্যমাহারয়েদ্বলিম্ ॥ ১১৯
ধান্যেঽষ্টমং বিশাং শুল্কং বিংশং কার্ষাপণাবরম্।
কর্ম্মোপকরণাঃ শূদ্রাঃ কারবঃ শিল্পিনস্তথা ॥ ১২০

---

খুদোং থীবা মতম নত্তবদদি তৌহৈদবা অতুগা খুদোং থীরক্লবদদি তৌবা য়াবা অতুগুম্বা থবকশিং অদু হায়রক্তে—মহৈ-লম্লোনবা, খুৎশা হৈবগী থবক তৌবা, সেবা তৌবা, ষণ য়োকপা, লম্লোনবা, থরদং ফংবদা পেনবা, নিহুনা চাবা অমদি মথোই চানবা শেল পূথোকপা—মখল ১০ অসিদি খুদোং থীরক্লবদা হিংননবা উপায়নি ॥ ১১৬ ॥

ব্রাহ্মণ নত্রগা ক্ষেত্রিনা কৈদোউঙদসু সেন্দোই কাহুনা শেল পূথোক্লোইদবনি ; তৌইগুম্বসুং ধর্ম্মগী থবক তৌনবগীদমক শেন্দোই য়ামদনা লৌহুনা জীবিকাগীদমক অতোনবা থবক তৌবা মীবু শেল পূথোকপদি য়াই ॥ ১১৭ ॥

প্রজাবু হেক ঙম্বমথৈ হোৎনহুনা য়োকপা নিংথৌনা খুদোং থীরক্লবদা ফোথোকী শরুক ৪ থোক্লগা শরুক অমবু থাজনা ওইনা লৌখৎলুরবদি হেন্না লৌবগী পাপ লঙ্শিনবা ওই ॥ ১১৮ ॥

লানদি নিংথৌগী মথৌনি ( ধর্ম্মনি ), মরম অহুনা প্রজাবু ঙাক্লবা লৈরিবা নিংথৌনা লানফমদা মায় ওনবা হৌনদে। খুৎলাইগী মতেংনা বৈশ্যবু ঙাকপিরগা নিংথৌনা মাগী মফমদগী ধর্ম্ম কায়দনা থাজনা লৌখৎকনি ॥ ১১৯ ॥

ফৌনচিংবা মরোংগী শরুক ১২ থোক্লগা শরুক অমা কৌজনী

শূদ্রস্তু বৃত্তিমাকাঙ্ক্ষন্ ক্ষত্রমারাধয়েদ্ যদি।
ধনিনং বাপ্যুপারাধ্য বৈশ্যং শূদ্রো জিজীবিষেৎ ॥ ১২১
স্বর্গার্থমুভয়ার্থং বা বিপ্রানারাধয়েত্তু সঃ।
জাতব্রাহ্মণশব্দস্য সা হ্যস্য কৃতকৃত্যতা ॥ ১২২
বিপ্রসেবৈব শূদ্রস্য বিশিষ্টং কর্ম্ম কীর্ত্ত্যতে।
যদতোঽন্যদ্ধি কুরুতে তদ্ভবত্যস্য নিষ্ফলম্ ॥ ১২৩
প্রকল্প্যা তস্য তৈর্বৃত্তিঃ স্বকুটুম্বাদ্ যথার্হতঃ।
শক্তিঞ্চাবেক্ষ্য দাক্ষ্যঞ্চ ভৃত্যানাঞ্চ পরিগ্রহম্ ॥ ১২৪

---

থাজনা ওইনা নিংথৌনা লৌগদবনি, খুদোং থীরক্লবা মতমদদি ফো শরুক নিপানগী অমা, য়াল্লা হেল্লা খুদোং থীরগনা শরুক ৪গী অমা লৌবা য়াই। খুদোং থীরবদদি সনানচিংবা কার্ষাপণ ফাওবা পোৎকী শরুক ২০ থোকপগী অমা লৌগনি; অতুগা শূদ্র, পূজারী অমসুং খুৎশা হৈবা মী—মখোয় অসিদগীদি কৈদৌঙৈদসু থাজনা লৌদনা মখোয়বু ধর্ম্মগী থবক তৌহন্নবা থাদোকপনা নিংথৌশী মথৌনি ॥ ১২০ ॥

ব্রাহ্মণগী সেবা তৌবতনা শূদ্রগী জীবিকা ওইবা ঙমদ্রবদি ক্ষেত্রিগী সেবা তৌগনি, মসি ফংদ্রগনা মরল লৈবা বৈশ্যগী সেবা তৌদুনা হিংনবা হোৎনগনি ॥ ১২১ ॥

শূদ্রনা স্বর্গ অমদি মশাগী জীবিকা অনিমক ফংননবা ব্রাহ্মণগী সেবা তৌগনি। "ব্রাহ্মণগী সেবক' নি (সেবা তৌজবা মীনি) হায়বা য়াহৈ অসি হায়বিরবদি শূদ্রশিংগী লেমজবা ওই ॥ ১২২ ॥

ব্রাহ্মণ সেবাতনা শূদ্রগী অথোইবা থবক্নি, অসি নত্তবা অতৈ থবক পুম্নমক্তি অরেম্বমক্তনি ॥ ১২৩ ॥

ব্রাহ্মণনা মনাই ওইনা সেবা তৌরিবা শূদ্র অদুগী মাগী সেবা তৌবগী মক্তিক-মথৌ, থবক্তা হৈশিংবা মতৌ অমদি মাগী ইমুং-মচুংমেচিংবো মী য়াম্বা য়ামদবা মুন্না য়েংবীদুনা মাগী অরামন (তনখ) পোত্নগনি ॥ ১২৪ ॥

উচ্ছিষ্টমন্নং দাতব্যং জীর্ণানি বসনানি চ।
পুলাকাশ্চৈব ধান্যানাং জীর্ণাশ্চৈব পরিচ্ছদাঃ ॥ ১২৫
ন শূদ্রে পাতকং কিঞ্চিন্ন চ সংস্কারমর্হতি।
নাস্যাধিকারো ধর্ম্মেঽস্তি ন ধর্ম্মাৎ প্রতিষেধনম্ ॥ ১২৬
ধর্ম্মেপ্সবস্তু ধর্ম্মজ্ঞাঃ সতাং বৃত্তিমনুষ্ঠিতাঃ।
মন্ত্রবর্জ্জং ন দুষ্যন্তি প্রশংসাং প্রাপ্নুবন্তি চ ॥ ১২৭
যথা যথা হি সদ্‌বৃত্তমাতিষ্ঠত্যনসূয়কঃ।
তথা তথেমঞ্চামুঞ্চ লোকং প্রাপ্নোত্যনিন্দিতঃ ॥ ১২৮
শক্তেনাপি হি শূদ্রেণ ন কার্য্যো ধনসঞ্চয়ঃ।
শূদ্রো হি ধনমাসাদ্য ব্রাহ্মণানেব বাধতে ॥ ১২৯

---

ব্রাহ্মণনা মাগী শেগা তাংলিবা শূদ্রগী চাননবা চাক অরেম্বা, শেৎননবা ফি অমনবা, হিপ্পনবা ফম্মুং অমনবা, অমদি চেক্কূপ হাই-কূপ পীবিগনি ॥ ১২৫ ॥

শূদ্রদি চনম্‌নচিংবা চাবদা পাপ লৈতে, মথোয়দি নগুণ থাংদুনা মশা শেংদোকপা য়াদে, অগ্নিহোত্রনচিংবা যজ্ঞদা মথোয়গী অধিকার লৈতে অদুগা পাক যজ্ঞনচিংবা ( চরুহোমনচিংবা ) যজ্ঞদা থিংবসু লৈতে ॥ ১২৬ ॥

ধর্ম্ম কায়দবা শিনফম্না মশিন ওইনরিবা, মশাগী জাতিগী হৌনবী লোনচৎ শাজৎ অদুম্মক কায়দনা চত্তুনা ধর্ম্ম তানশিন-নিঙ্‌বা অদুগুম্বা শূদ্রনা ব্রাহ্মণনা তৌকম থোকপা পঞ্চমহাযজ্ঞ-নচিংবা কর্ম্ম পুম্নমক মন্ত্র য়াওদনা তৌজবদা মীনা মাবু থক থীনা ঙাঙ্‌নবিগদবা লৈতে, মাগী মিংচৎতুম হেনগৎপা য়াই ॥ ১২৭ ॥

নাপলগী শন্নক য়াওদনা শূদ্রনা নিঙ্‌থিবা লোনচৎ-ব্যবহার লোয়ননা হিংনবা হোৎনরর্বাদ মীরমলেন অসিদা মীনা মাবু থাগৎনৈ অদুগা লাইরমলেন্দসু স্বর্গনচিংবা লোক ফংলুই ॥ ১২৮ ॥

মশানা, হেন্না শেল তানশিনবা ঙম্বা মীওই ওইদুনসু মতু-মচা-নচিংবা ইমুংগী মীশিংবু থাকপা অমদি পঞ্চমহাযজ্ঞ তৌবদা চঙ্ঙম্বা

এতে চতুর্ণাং বর্ণানামাপদ্ধর্ম্মাঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ।
যান্ সম্যগনুতিষ্ঠন্তো ব্রজন্তি পরমাং গতিম্ ॥ ১৩০
এষ ধর্ম্মবিধিঃ কৃৎস্নশ্চাতুর্ব্বর্ণ্যস্য কীর্ত্তিতঃ।
অতঃপরং প্রবক্ষ্যামি প্রায়শ্চিত্তবিধিং শুভম্ ॥ ১৩১

ইতি মানবে ধর্ম্মশাস্ত্রে ভৃগুপ্রোক্তায়াং
সংহিতায়াং দশমোঽধ্যায়ঃ ॥ ১০ ॥

শেল-থুম অহৎনগী থক হেনগৎনা তানশিল্লোইদবনি, মরমদি—শাস্ত্রজ্ঞান নৈত্তবা শূদ্রনা শেল নৈবগী নাপলনা ময়াই কারক্ত্না ব্রাহ্মণশিংবু থোওই-উনীত্ত তৌরকপা য়াই ॥ ১২৯ ॥

ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ মরিমকী খুদোং থীরবদা তৌবা য়াবা মথৌ (ধর্ম্ম) পুন্নমক হায়রবসিনি। অসিগুম্বা মথৌ অসি তৌবা মীনা অথোইবা লম্বী চৎলি হায়বদি অরানবা খুবম ফংই ॥ ১৩০ ॥

বর্ণ মরিগী চৎকম থোকপা ধর্ম্মগী মশক মপুং ফানা তাকলবসিনি। মথংদা প্রায়শ্চিত্ত তৌবগী হোনবী 'পূম্বা অমুক শন্দোক্লা হায়রকে তাবিয়ু ॥ ১৩১ ॥

তরাশুবা অধ্যায়গী মৈতৈলোনগী শন্নাক লোইরে ॥ ১০ ॥

## একাদশোঽধ্যায়ঃ

সান্তানিকং যক্ষ্যমাণমধ্বগং সর্ব্ববেদসম্।
গুর্ব্বর্থং পিতৃমাত্রর্থং স্বাধ্যায়ার্থ্যুপতাপিনঃ ॥ ১
নবৈতান্ স্নাতকান্ বিদ্যাদ্ ব্রাহ্মণান্ ধর্ম্মভিক্ষুকান্।
নিঃস্বেভ্যো দেয়মেতেভ্যো দানং বিদ্যাবিশেষতঃ ॥ ২

মচা লুহোঙ্নিঙ্বা, যজ্ঞ তৌনিঙ্বা; লংকৈ চৎপা, যজ্ঞদা দশাগী লৈজবা থাক্তনা দক্ষিণা তৌখোকপ্রবা, গুরু নাইগা মপা মমাগী

এতেভ্যো হি দ্বিজাগ্র্যেভ্যো দেয়মন্নং সদক্ষিণম্।
ইতরেভ্যো বহির্বেদি কৃতান্নং দেয়মুচ্যতে ॥ ৩
সর্ব্বরত্নানি রাজা তু যথার্হং প্রতিপাদয়েৎ।
ব্রাহ্মণান্ বেদবিদুষো যজ্ঞার্থঞ্চৈব দক্ষিণাম্ ॥ ৪
কৃতদারোঽপরান্ দারান্ ভিক্ষিত্বা যোঽধিগচ্ছতি।
রতিমাত্রং ফলং তস্য দ্রব্যদাতুস্তু সন্ততিঃ ॥ ৫
ধনানি তু যথাশক্তি বিপ্রেষু প্রতিপাদয়েৎ।
বেদবিৎসু বিবিক্তেষু প্রেত্য স্বর্গং সমশ্নুতে ॥ ৬

---

শেৎন-চানবা ছুম্নবগীদমক শেলগী কান্নবা লৈবা, বেদ তমলিবা মী অমদি অনাবা—অসিগুম্বা ব্রাহ্মণ মখল ৯ অসিবু ধর্ম্ম-ভিক্ষুক-স্নাতক হায়না খঙ্নগনি। অসিগুম্বা মচাক-মরল লৈত্রবা মীশিং অসিবু মহৈ-মশিনগী মতুংইন্না দান তৌগনি ॥ ১—২ ॥

অসিগুম্বা অথোইবা ব্রাহ্মণ মীওই ৯ অসিবু যজ্ঞবেদী ( যজ্ঞ তৌফম ) মন্থুংদা কমহল্লগা দক্ষিণাগা লোয়ননা চাক পীজগনি, অতুগা অসি নত্তবা চাক্লিবা অতৈবুদি যজ্ঞ তৌফমগী রাংমদা চাক পীজগনি ॥ ৩ ॥

ব্রাহ্মণশিং অসিবু অমস্থুং বেদ হৈবশিংবু—নিংথৌনা মণিন-চিংবা মখল-মখা অয়াম্বা রত্নশিং অমদি যজ্ঞদক্ষিণাগী মতিকচাবা শেল-থুম পীগনি ॥ ৪ ॥

কনাগুম্বা ময়ুম পাল্লবা ( মতূ থিরবা ) মীনা মচা থুম্নবগীদমক নত্তনা অতোপ্পা মরম অমগীদমক অতোপ্পী নূপী অমবু ভিক্ষা তৌদুনা লোরুম্নবদি নূপী ( নিবদা ফংলকপা ) অতুদা মহাক্না লৈপুন ওইবা হায়বা ফল অতুতমক ফংগনি, নূপীদুনা পোকপা মচাদি ভিক্ষা পীরকপা মী অদুগী ওইগনি ॥ ৫ ॥

বেদ হৈবা অমস্থুং নূপী-অঙাংমচিংবা থাক্লবা হোৎনবদা অশা চোকথরবা ব্রাহ্মণশিংবু অঙম্বা শেল-থুম দান তৌগদবনি, মথোয়দা শেল দান তৌরবদি শিরগা স্বর্গ ফংই ॥ ৬ ॥

যস্য ত্রৈবার্ষিকং ভক্তং পর্য্যাপ্তং ভৃত্যবৃত্তয়ে।
অধিকং বাপি বিদ্যেত স সোমং পাতুমর্হতি ॥ ৭
অতঃ স্বল্পীয়সি দ্রব্যে যঃ সোমং পিবতি দ্বিজঃ।
স পীতসোমপূর্ব্বোঽপি ন তস্যাপ্নোতি তৎফলম্ ॥ ৮
শক্তঃ পরজনে দাতা স্বজনে দুঃখজীবিনি।
মধ্বাপাতো বিষাস্বাদঃ স ধর্ম্মপ্রতিরূপকঃ ॥ ৯
ভৃত্যানামুপরোধেন যৎ করোত্যৌর্দ্ধদেহিকম্।
তদ্ভবত্যসুখোদর্কং জীবতশ্চ মৃতস্য চ ॥ ১০
যজ্ঞশ্চেৎ প্রতিরুদ্ধঃ স্যাদেকেনাঙ্গেন যজ্বনঃ।
ব্রাহ্মণস্য বিশেষেণ ধার্ম্মিকে সতি রাজনি ॥ ১১

---

কনাগুম্বা মীনা, মহাক্না ফিজেৎ-চাকচা হন্দুনা য়োকপা মী মথৈগী চহি অহুম নত্রগা মহূদগী হেনবা মতম কাওবগী চাবা কোম্নবা ফৌ-চেঙ্ মরাঙ্ কায়না থম্বা গুম্রবদি মী অদুনা যজ্ঞদা সোম হায়বা অমৃত অদু থকপদা মতিক চাবা ওইরে ॥ ৭ ॥

হায়রিবা ক্বিবম অসি যৌদবা শেল খরতমক লৈবা কনাগুম্বা দ্বিজনা সোম থক্রবদি, মশানা ফনমক থকখিবা ওইহনসু সোম-যাগগী মহৈদি থক ফংদে ॥ ৮ ॥

ইমুংগী মচা-মশূনচিংবনা চাথুং-কৌথুংদবগী অরাবা খাঙ্‌হনা লৈরগা অতোপ্পদা শেল-থুম দান তৌনবা হোৎনবদদি অরাব খঙ্-দবা, অদুগুম্বা দান মতৌ অদুদি ধর্ম্মগী শকলোন অমা উৎপতনি—মহুনা ফনা থুমহনসু তুংদদি যাম্না য়ানবা মশক ওইরকই ॥ ৯ ॥

মভু-মচানচিংবা য়োকপা-থাকপা তৌদবা য়াত্রবা মীশিংনু অরাবা খাঙ্‌হল্লগা লাইরমলেনগী কননবনি হায়হনা দাননচিংবা তৌরিবা মী অদুদি চঙ্‌বা-শিবা অনিমক্তা মাগী দান অদুনা অরাবা মহৈতমক পুহল্লে ॥ ১০ ॥

যজ্ঞ তৌবা মীনা—থোইদোক্লদি ব্রাহ্মণগী যজ্ঞ তৌবদা মতিক চাবা পোৎ য়াংপদগী যজ্ঞ অবক্তংভদা থোইশিনবা য়াদনা লৈরবদি

যো বৈশ্যঃ স্যাদ্বহুপশুর্হীনক্রতুরসোমপঃ।
কুটুম্বাৎ তস্য তদ্দ্রব্যমাহরেদ্‌যজ্ঞসিদ্ধয়ে।। ১২
আহরেৎ ত্রীণি বা দ্বে বা কাম শূদ্রস্য বেশ্মনঃ।
ন হি শূদ্রস্য যজ্ঞেষু কশ্চিদস্তি পরিগ্রহঃ।। ১৩
যোঽনাহিতাগ্নিঃ শতগুরযজ্বা চ সহস্রগুঃ।
তয়োরপি কুটুম্বাভ্যামাহরেদবিচারয়ন্।। ১৪
আদাননিত্যাচ্চাদাতুরাহরেদপ্রযচ্ছতঃ।
তথা যশোঽস্য প্রথতে ধর্ম্মশ্চৈব প্রবর্দ্ধতে।। ১৫

---

ব্রাহ্মণ অহুনা,—শা-ষণ মরাংকায়না লোইহুনা ইনাকতি য়াম্না থুল্লগা পঞ্চমহাযজ্ঞনচিংবদি তৌদবা অমদি সোম-যাগনচিংবস্থু তৌদবা অহুগুম্বা বৈশ্য ইনাকথুনবদগা নমহুনা মুল্লবস্থু নত্রগা হুরাল্ল-বস্থু যজ্ঞ লোইশিন্নবগীদমক পোৎ অহু লৌহুনা মপুং ফাহন-গনি ॥ ১১—১২ ॥

পোৎ রাৎপনা করিগুম্বা যজ্ঞগী মরম অনি অহুম শোক্ল শোয়-রবদি বৈশ্য ইনাক থুনবা ফংত্ৰবস্থু শূদ্রগী ময়ুমদগী যজ্ঞগী অরাৎপা পোৎ অনি নত্রগা অহুম অহু লৌগনি, মরমদি—শূদ্রগীদি যজ্ঞ অমত্তগা মরী লৈনদে ॥ ১৩ ॥

ষণবী ১০০ গী মপু ওইহুনস্থু সাগ্নিক ( মৈ মুত্তনা থমহুনা যজ্ঞ তৌবা=অগ্নি হোত্র) নত্তবা, অহুগা সাগ্নিক ওইরবস্থু ষণবী ১,০০০ অমগী মপু ওইবা অহুগা সোম-যজ্ঞদি তৌদবা অসিগুম্বা ব্রাহ্মণ নত্রগা ক্ষেত্রিগী মকমদগী ব্রাহ্মণনা যজ্ঞগী পোৎলমশিং অহু নমহুনা লৌগনি ॥ ১৪ ॥

দান লৌবনচিংবা তৌহুনা হুমিৎ থুদিঙ্গী শেল তুংশিল্লগা পুঞ্জী তৌবনচিংবা অফবা থবক্তা করিস্থু শীজিন্নদবা—অহুগুম্বা মীগী মকমদগী মথক্তা হায়খ্রিবা যজ্ঞগী পোৎলম ২ নত্রগা ৩ অহু লেন-শিন্নবা নমহুনা লৌরক্লগা যজ্ঞ লোইশিনগনি—মসিনা মাগী মিংচৎস্থু হেনগনি ধর্ম্মগী লম্বীদস্থু চাওখৎলকনি ॥ ১৫ ॥

তথৈব সপ্তমে ভক্তে ভক্তানি ষড়নশ্নতা।
অশ্বস্তনবিধানেন হর্ত্তব্যং হীনকর্ম্মণঃ॥ ১৬
খলাৎ ক্ষেত্রাদগারাদ্বা যতো বাপ্যুপলভ্যতে।
আখ্যাতব্যন্তু তৎ তস্মৈ পৃচ্ছতে যদি পৃচ্ছতি। ১৭
ব্রাহ্মণস্বং ন হর্ত্তব্যং ক্ষত্রিয়েণ কদাচন।
দস্যুনিস্ক্রিয়য়োস্তু স্বমজীবন্ হর্ত্তুমর্হতি॥ ১৮
যোহসাধুভ্যোহর্থমাদায় সাধুভ্যঃ সম্প্রযচ্ছতি।
স কৃত্বা প্লবমাত্মানং সন্তারয়তি তাবুভৌ॥ ১৯

---

মতম তরুকলক হায়বদি হুমিৎ হুমনি চরা হেল্লরবা মী অহুদি তরেৎ শুবা মতমদা হাযবদি ৪নি শুবগী অয়ুক্তদি দান-ধর্ম্ম-তৌগনি-হায়বা-খঙ্ব্রবা অতোনবা মীগী মযুমদগী নোংমন্তং লেন্নবা ওক্কদবা অহুগুম্বা শেল অদুক্তং হুরাল্লুবা য়াই॥ ১৬॥

অসিগুম্বা অরাবা মতাংদা দান ধর্ম্ম তৌদবা মীগী লৌ-য়ৈকম অমদি লৌবুক নত্রগা মযুম নত্রগা অতোপ্পা করিগুম্বা মফম অমদগী হেক্তা ফৌ হুহুনা লৌবা য়াই। 'করিগীদমক হুরাল্লিবনো' হায়না মপুনা হংলবদি মানা হুবগী মরম শেংনা হায়দোক্কনি॥ ১৭॥

ক্ষেত্রিনা ব্রাহ্মণগী মরল থক হুবা হৌনদে, অহুগা বৈশ্য, শূদ্রনা মথক থোংবা জাতিগী মরল থক হুবা হৌনদে; অহুমদি ওইরগা তৌহৈদবা তৌবা, তৌকম থোকপনা তৌদবা অহুগুম্বা ব্রাহ্মণদগীদি—ক্ষেত্রিনস্ মাগী যজ্ঞ কাম্নবা তারক্লবদি অরাৎপা পোৎ অহু হুহুনা লৌবা য়াই॥ ১৮॥ ( নিবদা পীত্রবদি হুবা কাওবা য়াই দোষ লৈতে হায়বনি )।

যজ্ঞনচিংবা অক্কবা ধর্ম্মগী থবক অমত্তা তৌদবা মী অহুদগী মপোৎ মরল হুরাল্লুনা ঋত্বিক ব্রাহ্মণনচিংবা সাধুশিংদা দান তৌরবদি হুরুবা পোৎকী মপু অহুগা দান লৌবা মী অহুগা অনিমকনা পোও ওইহুনা মহাক্না অরাবা ঈপাক সাহ্যোক্কবা ভগী॥ ১৯॥

যদ্ধনং যজ্ঞশীলানাং দেবস্বং তদ্বিদুর্বুধাঃ।
অযজ্বনাস্তু যদ্বিত্তমাসুরস্বং তদুচ্যতে॥ ২০
ন তস্মিন্ ধারয়েদ্দণ্ডং ধার্ম্মিকঃ পৃথিবীপতিঃ।
ক্ষত্রিয়স্য হি বালিশ্যাদ্ব্রাহ্মণঃ সীদতি ক্ষুধা॥ ২১
তস্য ভৃত্যজনং জ্ঞাত্বা স্বকুটুম্বান্ মহীপতিঃ।
শ্রুতশীলে চ বিজ্ঞায় বৃত্তিং ধর্ম্ম্যাং প্রকল্পয়েৎ॥ ২২
কল্পয়িত্বাস্য বৃত্তিঞ্চ রক্ষেদেনং সমন্ততঃ।
রাজা হি ধর্ম্মষড়্ভাগং তস্মাৎ প্রাপ্নোতি রক্ষিতাৎ॥ ২৩
ন যজ্ঞার্থং ধনং শূদ্রাদ্বিপ্রো ভিক্ষেত কর্হিচিৎ।
যজমানো হি ভিক্ষিত্বা চাণ্ডালঃ প্রেত্যজায়তে॥ ২৪

---

যজ্ঞনচিংবা ধর্ম্মগী থবক তৌরিবা মীগী মপোৎ মরলদি পণ্ডিতশিংনা লাইগী মরলনি হায়না লৌনৈ অদুগা যজ্ঞনচিংবা তৌবা লৈতবা মীগী মরল-মথুম অদুবুনা হিংচাবগী মরলনি হায়নৈ॥ ২০॥

মথক্তা হায়খ্রিবা যজ্ঞনচিংবা থবকীদমক্তা নমহুনা নত্রগা হুরান্দুনা হিংচাবগী মরল লৌবা মী অদুবু ধর্ম্ম খঙ্বা নিংথৌনা দণ্ড পীবা হৌনদে মরমদি—নিংথৌনা পঙ্বতনা ব্রাহ্মণনা অরাম-থৌরাংবগী চৈনাথোল ফংলিবনি॥ ২১॥

পাম্লিবা নিংথৌনা, চানিঙাই-থক্লীংঙাই ফংদবদগী রারবা ব্রাহ্মণগী মানা চাবা থাকলিবা ইমুংগী মী মথৈগী মরম অমসুং ব্রাহ্মণ অদুগী লৈরিবা শাস্ত্রজ্ঞান অমদি লোনচৎ-শাজৎ পুম্নমক মুন্না খঙ-দোক্লগা সনা-লনগৈদগী মাবু মতিক চাবা য়েংহনা বৃত্তি (চহিগী নত্রগা থাগী ওইনা পীবা শেল) পীগদবনি॥ ২২॥

ব্রাহ্মণগী অসিগুম্বা বৃত্তি অসি পীরগা নিংথৌনা মহাকপু হুরান-চীথীনচিংবদগী মপুংফানা ঙাকপিগদবনি—অসুম তৌনা ব্রাহ্মণবু ঙাকপি-য়োকপি তৌবসিনা নিংথৌ অদুনা ব্রাহ্মণ অদুনা তানবা পুণ্যগী ৬ শুবা শরাক অদু ফংই॥ ২৩॥

যজ্ঞগীদমক্তা ব্রাহ্মণনা শূদ্রদগী কৈদৌঙৈদসু শেল-থুমনচিংবা

যথার্থমর্থং ভিক্ষিত্বা যো ন সর্ব্বং প্রযচ্ছতি।
স যাতি ভাসতাং বিপ্রঃ কাকতাংবা শতং সমাঃ ॥২৫
দেবস্বং ব্রাহ্মণস্বং বা লোভেনোপহিনস্তি যঃ।
স পাপাত্মা পরে লোকে গৃধ্রোচ্ছিষ্টেন জীবতি ॥ ২৬
ইষ্টিং বৈশ্বানরীং নিত্যং নির্ব্বপেদব্দপর্য্যয়ে।
কপ্তানাং পশুসোমানাং নিষ্কৃতার্থমসম্ভবে ॥ ২৭
আপৎকল্পেন যো ধর্ম্মং কুরুতেহনাপদি দ্বিজঃ।
স নাপ্নোতি ফলং তস্য পরত্রেতি বিচারিতম্ ॥ ২৮

---

নিরোইদবনি—অসুম তৌরবদি ব্রাহ্মণ অদু মপোক অমদা চণ্ডাল ওইনা পোক্লুই ॥ ২৪ ॥

যজ্ঞগীনি হায়হুনা শেল-থুমচিংবা থায়রুরগা পুম্নমক অদু থবক অদুদা চাদিঙ্ তৌথোকখিদ্রবদি মতুগী পাপনা মী অদু মতুংগী মপোক ১০০ চুপ্পা লাঙ্জা কাক ওইনা লৈরুই ॥ ২৫ ॥

অপাম্বনা মরম ওইদুনা লাই অমদি ব্রাহ্মণগী মরল হূরাল্লুবা পাপ চেনবা মী অদুদি মপোক অমদা লাঙ্জা অমোমগী লুখাক চারুই ॥ ২৬ ॥

পশুযাগ ( শা বলি তৌদুনা কৎপা যজ্ঞ মথল অমা ) অমসুং সোমযাগ ( সোম কৌবা উরীগী রস থক্তুনা চহি অহুম চঙ্না তৌবা যজ্ঞ ) তৌদ্রবদি মতুগী দোষ কোক্লবগীদমক ব্রাহ্মণনা, শূদ্র-মক্তগীসু শেল লৌদুনা চহিগী অরোইবদা বৈশ্বানরী হায়বা যজ্ঞ অদু তৌগনি ॥ ২৭ ॥

কনাগুম্বা দ্বিজনা খুদোং থীদ্রিবৈদসু খুদোং থীরবা মতমগী ধর্ম্ম অদু তৌরবদি ( চৎলবদি ) লাইরমলেম্দা মাগী ধর্ম্ম কর্ম্ম অদুগী করিগুম্বা মহে অমত্তা কংদে—ব্রাহ্মণ অসি মহর্ষিশিংনা বিচার তৌদুনা লেপ্লরম্লবনি ॥ ২৮ ॥

বিশ্বৈশ্চ দেবৈঃ সাধ্যৈশ্চ ব্রাহ্মণৈশ্চ মহর্ষিভিঃ।
আপৎসু মরণাদ্ভীতৈর্বিধেঃ প্রতিনিধিঃ কৃতঃ॥ ২৯
প্রভুঃ প্রথমকল্পস্য যোঽনুকল্পেন বর্ত্ততে।
ন সাম্পরায়িকং তস্য দুর্ম্মতের্বিদ্যতে ফলম্॥ ৩০
ন ব্রাহ্মণো বেদয়েত কিঞ্চিদ্রাজনি ধর্ম্মবিৎ।
স্ববীর্য্যেণৈব তান্ শিষ্যান্মানবানপকারিণঃ॥ ৩১
স্ববীর্য্যাদ্রাজবীর্য্যাচ্চ স্ববীর্য্যং বলবত্তরম্।
তস্মাৎ স্বেনৈব বীর্য্যেণ নিগৃহ্লীয়াদরীন্ দ্বিজঃ॥ ৩২
শ্রুতীরথর্ব্বাঙ্গিরসীঃ কুর্য্যাদিত্যবিচারয়ন্।
বাক্‌শস্ত্রং বৈ ব্রাহ্মণস্য তেন হন্যাদরীন্ দ্বিজঃ॥ ৩৩

---

বিশ্বদেব হায়না কৌবা লাই, সাধ্যশিং ( গণ দেবতা ১২ ), মহর্ষিশিং অমসুং ব্রাহ্মণশিংনা থরাযমক থাবা য়াবা খুদোং থীরবা মতমদা সোম-যজ্ঞনচিংবগী মহুৎ শিনবা ওইনা বৈশানরীনচিংবা যজ্ঞ তৌখি॥ ২৯॥

অথোইবা যজ্ঞনচিংবা কর্ম্ম তৌবা ঙমলিঙৈদা অরাবা তাররবা মতমতদা তৌফম থোকপা হুম্বা কর্ম্ম হায়বদি মহুৎশিনবা নত্রগা মহুগা মান্নবা থৌওঙ্ অমনা পাঙ্থোক্লবদি মপূক ফত্তবা মী অহুনা তৌরিবা কর্ম্ম অহুনা লাইরমলেনগী অফবা করিসু ফংহনবা ঙমদে॥ ৩০॥

কনাগুম্বা অমনা মাঙ্-তাক্লবা তৌরক্লবদা ব্রাহ্মণনা থক নিংথৌদা রাকৎলুবা হৌনদে, মশাগী ব্রাহ্মণ শক্তি অহু শীজিনহুনা মাগী মাঙ্নবা তৌরম্বা মীশিংবু শাসন তৌগদবনি॥ ৩১॥

মশাগী পাংগলনা নিংথৌগী পাংগলদগীসু হেল্লবনি, মরম অহুনা ব্রাহ্মণনা মশাগী শক্তিগী শুণনা য়েক্লবশিংবু লাকশিন-গদি॥ ৩২॥

থোইনা খক্লবা লৈতনা মতম অহুদদি মহাক্না অথর্ব্ববেদদা য়াওরিবা 'অঙ্গিরসীশ্রুতি' হায়বদি মীহাৎ-মীপুনগী মন্ত্রনচিংবসু

ক্ষত্রিয়ো বাহুবীর্য্যেণ তরেদাপদমাত্মনঃ।
ধনেন বৈশ্যশূদ্রৌ তু জপহোমৈর্দ্বিজোত্তমঃ ॥ ৩৪
বিধাতা শাসিতা বক্তা মৈত্রী ব্রাহ্মণ উচ্যতে।
তস্মৈ নাকুশলং ব্রূয়ান্ন শুষ্কাং গিরমীরয়েৎ ॥ ৩৫
ন বৈ কন্যা ন যুবতির্নাল্পবিদ্যো ন বালিশঃ।
হোতা স্যাদগ্নিহোত্রস্য নার্ত্তো নাসংস্কৃতস্তথা ॥ ৩৬
নরকে হি পতন্ত্যেতে জুহ্বতঃ স চ যস্য তৎ।
তস্মাদ্বৈতানকুশলো হোতা স্যাদ্বেদপারগঃ । ৩৭

---

পাঠ তৌগনি ; মন্ত্রদা য়াওরিবা য়াহৈ অতুতনা ব্রাহ্মণগী থৃংলাইনি, অসিগুম্বা মন্ত্রগী মশক ওইবা থৃংলাই অসিনা ব্রাহ্মণনা য়েক্নবা মাঙ্‌হনগনি ॥ ৩৩ ॥

ক্ষেত্রিনা মপাম্বোম পাংগলনা, বৈশ্য অমস্তুং শূদ্রনা মরল-মথুমনা অতুগা ব্রাহ্মণনা হোম-জপনচিংবনা অরাবদগী লাম্থোক্নবা তৌগনি ॥ ৩৪ ॥

বেদনা হায়বা থবক তৌবা, মচা অমদি শিষ্যনচিংবেবু লাক-শিল্লিবা, প্রায়শ্চিত্তনচিংবা ধর্ম্মগী পাউতাক পীবা, জীব পুম্নমকপু অতোপ্পনি খল্দবা অতুগুম্বা দ্বিজ অদুবু অশেংবা ব্রাহ্মণনি হায়বা য়াই ; মরম অতুনা অসিগুম্বা ব্রাহ্মণবু য়াহল্লুগদবা অকনবা অয়াকপা য়াহৈদি কনানস্তু মঙোন্দা তাহল্লোইদবনি ॥ ৩৫ ॥

লুহোঙ্‌দ্রিবী কন্যা, লুহোঙ্‌লবী মোনহা, খঙ্‌লম-খঙ্‌ফাওবা মী, মূর্খ ওইবা মী ( লাইরিক হৈতবা ), লায়না পুক্নুনা নায়বা মী, অমদি নঙণ থাংদবা মী—মখোয় অসিদি শ্রুতি, স্মৃতিনা হায়বা অগ্নিহোত্র যজ্ঞগী হোম তৌবা য়াদে ॥ ৩৬ ॥

অসিগুম্বী ময়ুম পান্দ্রিবী নুপীমচানচিংবসিনা হোম তৌরবদি নরক তাই, অতুগা মখোয় অসিগী মহুৎশিন্দুনা হোম তৌবীরবা মীসু নরক তাই, মরম অতুনা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণতনা হোতা ওইগ-দবনি ॥ ৩৭ ॥

প্রাজাপত্যমদত্ত্বাশ্বমগ্ন্যাধেয়স্য দক্ষিণাম্ ।
অনাহিতাগ্নির্ভবতি ব্রাহ্মণো বিভবে সতি ॥ ৩৮
পুণ্যান্যন্যানি কুর্ব্বীত শ্রদ্দধানো জিতেন্দ্রিয়ঃ ।
ন ত্বল্পদক্ষিণৈর্যজ্ঞৈর্যজেতেহ কথঞ্চন ॥ ৩৯
ইন্দ্রিয়াণি যশঃ স্বর্গমায়ুঃ কীর্ত্তিং প্রজা পশূন্ ।
হন্ত্যল্পদক্ষিণো যজ্ঞস্তস্মান্নাল্পধনো যজেৎ ॥ ৪০
অগ্নিহোত্র্যপবিধ্যাগ্নীন্ ব্রাহ্মণঃ কামকারতঃ ।
চান্দ্রায়ণং চরেন্মাসং বীরহত্যাসমং হি তৎ । ৪১
যে শূদ্রাদধিগম্যার্থমগ্নিহোত্রমুপাসতে ।
ঋত্বিজস্তে হি শূদ্রাণাং ব্রহ্মবাদিষু গর্হিতাঃ ॥ ৪২

---

মরল লৈনা লৈনা গর্ভাধান ( গর্ভ পীবগী ) মচিংবা যজ্ঞদা প্রজাপতিনা দেবতা ওইবা শগোল। প্রজাপতি দেবতাক অশ্ব ) না পুরোহিত ওইবা ব্রাহ্মণবু দক্ষিণা তৌত্রবদি তৌরিবা যজ্ঞ অছুগী ফল ফংদে, মৈ হোৌদবগা চপ মান্নত্না তোকই ॥ ৩৮ ॥

যজ্ঞগী মতিকচাবা দক্ষিণা তৌবা ঙমত্রবদি, অহোয়নত্নম পুক্নিঙ-দা থাজবা য়াওনা অমদি ইন্দ্রি খুত্থম চন্না অতোপ-অতোপ্পা পুণ্যগী থবকশিং তৌবনা হেন্না ফৈ। তৌরিবা যজ্ঞ অছুগী পীকম থোকপা দক্ষিণা পীবা ঙমলোইদবা অত্থুগুম্বা যজ্ঞদি তৌহল্লোইদবনি ॥ ৩৯ ॥

শেল লৈতবা মীনা যজ্ঞ থক তৌরোইদবনি, দক্ষিণা মতিক চানা তৌদবা যজ্ঞদি—মিংনচিংবা ইন্দ্রিশিং, মিংচৎ, স্বর্গ, পুন্সী, মচা-মশূনচিংবা প্রজা, অমদি শা-শলনচিংবা পুম্নমক অসিবু মাঙহল্লি ॥ ৪০ ॥

অগ্নিহোত্র যজ্ঞ ( মৈ মুত্তনা তৌবা যজ্ঞ ) তৌবা মীনা অহুক অমদি হুমিদাংরাইরমদা তৌনিঙদবা য়াওনা হোম তৌত্রবদি মহগী-দমক থা অমা চুপ্পা চান্দ্রায়ণ ব্রত তৌগদ্বি; মরমদি হায়রিবা হোম অসি তৌত্রবদি মচা হাৎপগা মান্নবা পাপ ফংই ॥ ৪১ ॥

শূদ্রদগী শেল লৌহুনা অগ্নিহোত্র হোম তৌরবদি শূদ্রবু

তেষাং সততমজ্ঞানাং বৃষলাগ্ন্যুপসেবিনাম্ ।
পদা মস্তকমাক্রম্য দাতা দুর্গাণি সন্তরেৎ ॥ ৪৩
অকুর্ব্বন্ বিহিতং কর্ম্ম নিন্দিতঞ্চ সমাচরন্ ।
প্রসজংশ্চেন্দ্রিয়ার্থেষু প্রায়শ্চিত্তীয়তে নরঃ ॥ ৪৪
অকামতঃ কৃতে পাপে প্রায়শ্চিত্তং বিদুর্ব্বুধাঃ ।
কামকারকৃতেঽপ্যাহুরেকে শ্রুতিনিদর্শনাৎ ॥ ৪৫
অকামতঃ কৃতং পাপং বেদাভ্যাসেন শুধ্যতি ।
কামতস্তু কৃতং মোহাৎ প্রায়শ্চিত্তৈঃ পৃথগ্বিধৈঃ ॥ ৪৬
প্রায়শ্চিত্তীয়তাং প্রাপ্য দৈবাৎ পূর্ব্বকৃতেন বা ।
ন সংসর্গং ব্রজেৎ সদ্ভিঃ প্রায়শ্চিত্তেঽকৃতে দ্বিজঃ ॥ ৪৭

---

যজমান ওইবগী দোষ ফংই অমসুং যজ্ঞ অদুগী ফল ফংবদি দায়রহুনা ঈশ্বরবু থাজবা মীশিংনা মাবু হংগোইনৈ ॥ ৪২ ॥

শূদ্রদগী শেল লৌহুনা মহুনা যজ্ঞ তৌরবদি অদুগুম্বা অপঙ্বশিং অদুগী মকোক্তা শূদ্রনা মখোঙ্না নেৎলগা লাইরমলেন্দা অরাবদগী হিংই ॥ ৪৩ ॥

শাস্ত্রনা হায়বা থবক তৌদ্রবদি, ফত্তবা থবক্তমক তৌহুনা লৈরবদি অমদি কা-হেন্না ইন্দ্রিগী হুংঙাইবা থিরবদি অদুগুম্বা মী অদু প্রায়শ্চিত্ত তৌগদবা ওই ॥ ৪৪ ॥

কনা কনাগুম্বা পণ্ডিতনা হায়—খঙ্দনা তৌবা পাপকীসু প্রায়শ্চিত্ত লৈ । অদুগা কনা কনাগুম্বনা অমুক শ্রুতিগী প্রমাণ উত্তুনা হায়—খঙ্না তৌবা পাপকীসু প্রায়শ্চিত্ত লৈ ॥ ৪৫ ॥

খঙ্দনা লঙ্জবা পাপতি—বেদ তম্লগা কোকই অদুগা অশাউবা কম্লকপনচিংবা অপঙ্বা বুদ্ধিনা মরম ওইহুনা খঙ্না খঙ্না পাপ তৌরুরবদি অদুগুম্বা পাপ অদু কোকনবা তোঙান-তোঙানবা মখলগী প্রায়শ্চিত্ত তৌগদবা ওই ॥ ৪৬ ॥

মপোক অসিদা লাইগী নোংদমদগী শোয়খিহুনা করিগুম্বা পাপ তৌখিববু ওইরবসু, হায়রী মপোক্তা লঙ্থিরকপা পাপকিবু

ইহ দুশ্চরিতৈঃ কেচিৎ কেচিৎ পূর্ব্বকৃতৈস্তথা।
প্রাপ্নুবন্তি দুরাত্মানো নরা রূপবিপর্য্যয়ম্ ॥ ৪৮
সুবর্ণচৌরঃ কৌনখ্যং সুরাপঃ শ্যাবদন্ততাম্।
ব্রহ্মহা ক্ষয়রোগিত্বং দৌশ্চর্ম্ম্যং গুরুতল্পগঃ ॥ ৪৯
পিশুনঃ পৌতিনাসিক্যং সূচকঃ পূতিবক্ত্রতাম্।
ধান্যচৌরোঽঙ্গহীনত্বমাতিরৈক্যন্তু মিশ্রকঃ ॥ ৫০
অন্নহর্ত্তাময়াবিত্বং মৌক্যং বাগপহারকঃ।
বস্ত্রাপহারকঃ শ্বৈত্র্যং পঙ্গুতামশ্বহারকঃ ॥ ৫১
দীপহর্ত্তা ভবেদন্ধঃ কাণো নির্ব্বাপকো ভবেৎ।
হিংসয়া ব্যাধিভূয়স্ত্বং স্ফীতোঽন্যস্ত্র্যভিমর্শকঃ ॥ ৫২

---

ওইরবসু প্রায়শ্চিত্ত তৌদ্রবা দ্বিজ অদুদি সাধুশিংনা মাবু তিন্নরোই-দবনি ॥ ৪৭ ॥

পাপ চেনবা কনানা মপোক অসিদা তৌবা মরমচৎ ফত্তবগী-দমক, কনা অমনা হান্নগী মপোক্তা ফত্তবা লমচৎ চৎলুবগীদমক খূজীন ফত্তবনচিংবা অথীবা মশক ফংই ॥ ৪৮ ॥

ব্রাহ্মণগী সনা হুরাল্লগা খূজীন ফত্তে, যু-থক্লগা ময়া মুই, ব্রাহ্মণ হাৎলগা যক্ষ্মার থুংই, অদুগা গুরুগী নূপী হল্লাম্লুরগা উনশা খুইবন-চিংবা ফজদবা ওই ॥ ৪৯ ॥

মীগী দোষ কোয়না শন্দোকপা মী অদুনা মনাত্তোন নমথী, মীবু মরাল পীদুনা ভাও্বা মী অদুনা মচীন-ময়া মনম নমথী, ফৌ-হূবনা অঙ্গভঙ্গ (মীওই-কায়বা) ওই, অদুগা হেন্না শেন্দোং তান্নিও্-হুনা পোৎ অমদা পোৎ অমা য়ানশিন্দুনা য়োনবা মী অদুনা কায়াৎ হেন্না পাল্লকই ( মখোঙ্ মখূৎ লোঙ্বনচিংবা ) ॥ ৫০ ॥

চাক হূবনা মৈ শোল্লি, গুরুগী য়াথং ফংদনা বেদ তমলুরগা মরোল খোক্তে ; ফি হূবনা অঙৌবা শকুই অদুগা শগোল হূরান-বনা — মখোঙ্ শোকই ॥ ৫১ ॥

থাউমৈ হূবনা মমিং তাঙই, থাউমৈ মুথৎপনা মমিং নাম্মা

এবং কর্ম্মবিশেষেণ জায়ন্তে সদ্বিগর্হিতাঃ ।
জড়মূকান্ধবধিরা বিকৃতাকৃতয়স্তথা ॥ ৫৩
চরিতব্যমতো নিত্যং প্রায়শ্চিত্তং বিশুদ্ধয়ে ।
নিন্দ্যৈর্হি লক্ষণৈর্যুক্তা জায়ন্তেঽনিষ্কৃতৈনসঃ ॥ ৫৪
ব্রহ্মহত্যা সুরাপানং স্তেয়ং গুর্ব্বঙ্গনাগমঃ ।
মহান্তি পাতকান্যাহুঃ সংসর্গশ্চাপি তৈঃ সহ ॥ ৫৫
অনৃতঞ্চ সমুৎকর্ষে রাজগামি চ পৈশুনম্ ।
গুরোশ্চালীকনির্ব্বন্ধঃ সমানি ব্রহ্মহত্যয়া ॥ ৫৬

---

শোইনাই, থরায় পানবা হাৎকনবনা—লায়থুংনা য়োম্মি অহুগা মীগী নুপী পাম্নুরগনা সুংশিংকী অনাবা পক্তুনা মশা নোয়থোক-চাউথোকই ॥ ৫২ ॥

অসুম তৌনা তোঙান-তোঙানবা থবক্কী মতুংইন্না কনানা লেঙ্‌বা-ঙংপা ঙমদবা ওইবা, কনানা লোম্বোক্তবা, কনানা মমিৎ তাঙ্‌বা, কনানা মনা পঙ্‌বা, কনা অমনা মশাগী ফিবম কায়বা মী ওইহনা পোক্লকই অমসুং নৈবাক মচা তাবা মীওইশিংনা মথোয় অদুবু হংগোইনৈ ॥ ৫৩ ॥

পাপ তৌরগা মদুবু কোকহন্নবা প্রায়শ্চিত্ত তৌত্রবদি মথংগী মপোক্তা মীনা হংগোইনবা মতৌনা তিন্দুনা পোক্লকপনা ঋমিৎ থুদিঙ্‌গী শাস্ত্রনা হায়বা প্রায়শ্চিত্ত তৌগদবনি ॥ ৫৪ ॥

ব্রাহ্মণ হাৎপা, থকহৈদবা য়ু থকপা, ব্রাহ্মণগী সনা রত্তি ৮০ (যব ২৪০) চুবা অমদি লোয়নবী মমাদা হুন্নানুবা অসিগুম্বা পাপীশিং অসিগা চহি অমা চুপ্পা অসুম তিন্নতোৎনহুনা নৈবা—পাপ মথন মঙা অসিবু মহাপাতক হায়না কৌই ॥ ৫৫ ॥

মশাবু অকবা জাতিগী মীনি হায়না উৎননবা ওইদবা তাঙ্‌বা, নিংথৌদা—মী শিবা য়াবা মরাল হায়জিনবা অমদি গুরুগী মরমদা ওইদবা হায়জিনবা—অহুম অসিসু ব্রাহ্মণ হাৎপগা মান্নবা পাতক লৈরগা অনুপাতক হায়বহু ওই ॥ ৫৬ ॥

ব্রহ্মোজ্‌ঝতা বেদনিন্দা কৌটসাক্ষ্যং সুহৃদ্বধঃ।
গর্হিতানাদ্যয়োর্জগ্ধিঃ সুরাপানসমানি ষট্॥ ৫৭
নিক্ষেপস্যাপহরণং নরাশ্বরজতস্য চ।
ভূমি-বজ্র-মণীনাঞ্চ রুক্মস্তেয়সমং স্মৃতম্॥ ৫৮
রেতঃসেকঃ স্বযোনীষু কুমারীষ্বন্ত্যজাসু চ।
সখ্যুঃ পুত্রস্য চ স্ত্রীষু গুরুতল্পসমং বিদুঃ॥ ৫৯
গোবধোঽযাজ্যসংযাজ্য-পারদার্য্যাত্মবিক্রয়াঃ।
গুরুমাতৃপিতৃত্যাগঃ স্বাধ্যায়াগ্ন্যোঃ সুতস্য চ॥ ৬০

---

ব্রাহ্মণনা তমখ্রবা বেদবু অভ্যাস তৌদবদগী কাউথিবা, বেদবু নিন্দা তৌবা, ওইদবা সাক্ষী পীবা, মরূপ হাৎপা, চনমনচিংবা নমথিহডাইগী পোৎ অমদি থী-ঘুংনচিংবা চাহৈদবা পোৎ চাবা-থকপা— ৬ অসিনা মু থকপগা মান্নবা পাতকনি ॥ ৫৭ ॥

ব্রাহ্মণ নত্তবা মীগী মপোৎ হূরানবা, মী, শগোল, লুপা, লৈপাক, হীরা অমসুং মণি হূরানবা— পুম্নমক অসিসু সনা হূবগা মান্নবা পাতক ওই ॥ ৫৮ ॥

পোকমিন্নবী মচল মচে, মীওই শুদ্রিবী নূপীমচা, চণ্ডালমুবী, মরূপকী নূপী নত্রগা মচানিপানা লৌবা মমৌনূপীদা হল্লাল্লবদি গুরুগী নূপী তিন্নরুবগা মান্নবা পাতক অম ফংই। অসিগুম্বা পাতক নত্রগা অনুপাতকশিংদদি মহাপাতক-তগী হন্থবা প্রায়শ্চিত্ত তৌগনি। মথক্তা হায়খ্রিবা পাতক মখল ১২ মক অসি অনুপাতক গুলকনি ॥ ৫৯ ॥

যণ হাৎপা, মহাপাতকিদি নত্তবা জাতি-কর্ম্ম-থাদোক্লবা মীবু যজমান চাবা, মীগী নূপী ভাঙ্‌নবা, মশাবু মমল লৌহনা য়োয়োকচবা, মপা মমা অমদি গুরুবু য়েংদবা-থাদোকপা, বেদ তমদবা অর্থাদ স্মৃতিমাগ তৌত্রবা, মচানিপাবু থাদোকপা হায়বদি মচাগী পোকপগী মতুংদগী সংস্কার তৌবীদবা অমুগা শেৎনা-চানবা পীবিদবা, ময়ামক্কা

পরিবিত্তিতানুজেঽনূঢ়ে পরিবেদনমেব চ।
তয়োর্দানঞ্চ কন্যায়াস্তয়োরেব চ যাজনম্ ॥ ৬১
কন্যায়া দূষণঞ্চৈব বার্দ্ধুষ্যং ব্রতলোপনম্।
তড়াগারামদারাণামপত্যস্য চ বিক্রয়ঃ ॥ ৬২
ব্রাত্যতা বান্ধবত্যাগো ভৃত্যাধ্যাপনমেব চ।
ভৃতাচ্চাধ্যয়নাদানমপণ্যানাঞ্চ বিক্রয়ঃ ॥ ৬৩
সর্ব্বাকরেষ্বধীকারো মহাযন্ত্রপ্রবর্ত্তনম্।
হিংসৌষধীনাং স্ত্র্যাজীবোঽভিচারো মূলকর্ম্ম চ ॥ ৬৪
ইন্ধনার্থমশুষ্কাণাং দ্রুমাণামবপাতনম্।
আত্মার্থঞ্চ ক্রিয়ারম্ভো নিন্দিতান্নাদনং তথা ॥ ৬৫

---

নূপী থিজিনৈদা মনাউনা হান্না লুহোঙ্বা হায়বদি মসিদা মনাউ ময়াম্বা অনিমক নিংঙমদবা পোকই ( মনাউনা 'পরিবেদন' ময়াম্বনা 'পরিবিত্তি' ওই ) মরম অদুনা অসিগুম্বা মনাউ অমম্বুং ময়াম্বদা মচানিঙোল থাজবা, অসিগুম্বা লুহোঙ্বদা পুরোহিত ওইদুনা শোল্লুবা, মীওই শুত্রিবী নূপীমচাদা নত্তবা মিৎয়েং য়েংলুবদি নত্তনা থূদোম্বীনা থিংজিনবীক্কবা, শাস্ত্রনা য়াদবা মওঙ্দা শেল তান্দুনা চাবা, ব্রহ্মচারী ওইরগা নূপী শম্নবা ( লৈপুন ওইবা ), অশেংবা পুখ্রী নত্রগা হৈকোন-লৈকোন অমদি মশাগী নূপী নত্রগা মচা-মশুশিংবু য়োন্থোকপা, চহি ১৬ হেল্লবা ফাওবদা মচা নগুণ থাংবীদবা, মপাগা পোকমিন্নবা মতোন্নচিংববু থাদোকপা ( হন্না য়েংদবা ), তলব চাদুনা বেদ তম্বীবা, তলব লৌবা মীদগী বেদ তম্বা, শাস্ত্রনা থিংবা পোৎ য়োনবা, নিংথৌগী য়াথংনা সনা থোকফমদা থবক তৌবা, অচৌবা থোং শাবা য়াওবা, হিদাক-লাংথক মাঙ্হনবা, মশাগী নূপীবু মরুম্বী পাম্নহন্দুনা জীবিকা ওইনবা ; 'শ্যেন' কৌবা—মীহাৎ-নীপুন্নচিংবা মীবু অয়াবা পীনবা যজ্ঞনচিংবা তৌবা, নত্রগা অদুগুম্বা থবক্তী মন্ত্রনচিংবনা ময়াম লৈতবা মীবু অয়াবা পীবা, পাং ওইননবগী-দমক কংজিনবা উ য়াম্থোকপা, লাই অমদি মপা মপুদা কঙনবা

অনাহিতাগ্নিতা স্তেয়মৃণানামনপক্রিয়া।
অসচ্ছাস্ত্রাধিগমনং কৌশীলব্যস্য চ ক্রিয়া॥ ৬৬
ধান্য-কুপ্য-পশুস্তেয়ং মদ্যপস্ত্রীনিষেবনম্।
স্ত্রী-শূদ্র-বিট্-ক্ষত্রবধো নাস্তিক্যঞ্চোপপাতকম্॥ ৬৭
ব্রাহ্মণস্য রুজঃ কৃত্বা ঘ্রাতিরঘ্রেয়মদ্যয়োঃ।
জৈহ্ম্যঞ্চ মৈথুনং পুংসি জাতিভ্রংশকরং স্মৃতম্॥ ৬৮
খরাশ্বোষ্ট্রমৃগেভানামাজাবিকবধস্তথা।
সঙ্করীকরণং জ্ঞেয়ং মীনাহিমহিষস্য চ॥ ৬৯

---

নত্তনা মশাগীদমক চাক থোংবা, তিঙ্গ্নৌ চনমনচিংবা কত্তবা পোৎ চাবা, মশাগী অধিকার ( হক ) লৈনা লৈনমক মচা পোক্নবা যজ্ঞন-চিংবা তৌদবা, সনা নত্তনা অতৈ পোৎ-চৈ হূবা, লাই, মপা মপু অমদি ঋষিনচিংবগী লম্মন শিংদবা, শ্রুতি-স্মৃতিগা বিরুদ্ধ ওইনবা অতৈ শাস্ত্র নৈনবা, পুং-ঈশৈ-জগোই-তৌবা, ফৌ-কোরী-য়োৎন-চিংবা থাবু হূরানবা, য়ু-থকপী নুপীগা লৈপুন ওইনরুবা, নুপী হাৎপা, বৈশ্য হাৎপা, শূদ্র হাৎপা অমসুং ক্ষেত্রি হাৎপা অমদি ঈশ্বরবু থাজ-দবা—পুম্নমক অসিগী অমমম অসি উপপাতক মক্তনি॥ ৬৬—৬৭॥ ( পাতক, উপপাতক, মহাপাতক=অরাম-অয়াং নাইনা থাম্ন-দোকপা পাপকী মখলমক্তনি )।

চৈ অমদি খুৎনা ব্রাহ্মণদা য়ৈবা, মনম নমথীবা তিলহৌ চনম অমদি থী-য়ুংনচিংবগী মনম নম্বা, নমথাক তৌবা ( লৌনম-চাউবা ), নিপাদা নুপীগুম্না তিম্নবা ( য়েল লৌথোকপা )—মখোয় অসিগী অমমমনা জাতি মাঙ্হনবা য়াবা পাপনি হায়না শীংথানৈ॥ ৬৮॥

গাধা, শগোল, উট, শজি, শাম্ন, হামেঙ, য়াউ, ঙা, লিন অমসুং ইরোই—মখোয় খুদিঙ্মক অসি অমা হাৎলুবদা 'সঙ্করী-করণ' হায়রবা পাতক অছু ওই॥ ৬৯॥

নিন্দিতেভ্যো ধনাদানং বাণিজ্যং শূদ্রসেবনম্।
অপাত্রীকরণং জ্ঞেয়মসত্যস্য চ ভাষণম্॥ ৭০
কৃমিকীট-বয়োহত্যা মদ্যানুগতভোজনম্।
ফলৈধঃকুসুমস্তেয়মধৈর্য্যঞ্চ মলাবহম্॥ ৭১
এতান্যেনাংসি সর্ব্বাণি যথোক্তানি পৃথক্ পৃথক্।
যৈর্যৈর্ব্রতৈরপোহ্যন্তে তানি সম্যঙ্ নিবোধত॥ ৭২
ব্রহ্মহা দ্বাদশ সমাঃ কুটীং কৃত্বা বনে বসেৎ।
ভৈক্ষ্যাশ্যাত্মবিশুদ্ধ্যর্থং কৃত্বা শবশিরো ধ্বজম্॥ ৭৩
লক্ষ্যং শস্ত্রভৃতাং বা স্যাদ্বিদুষামিচ্ছয়াত্মনঃ।
প্রাস্যেদাত্মানমগ্নৌ বা সমিদ্ধে ত্রিরবাক্শিরাঃ॥ ৭৪

---

মীনা নিন্দা তৌনবা অতোনবা জাতিদগী শেল লৌবা, লম্লোনবা, শূদ্রগী সেবা তৌবা অমদি ওইদবা ভাঙ্বা—পুম্নমক অসিবুনা 'অপাত্রীকরণ' পাতক হায়না কৌই হায়বদি পাপশিং অসিনা মী অদুবু হন্থহল্লি॥ ৭০॥

তাল-কাঙ্, উচেক-ঙ্গায়া হাৎপা, য়ুগা থকমিন্নরম্বা পোৎ চাবা, উহৈ-শীং-উ অমদি লৈ হুরানবা অহুগা খজিক্তুং অমাঙ্বা থোকপদা হান্না পাথৎচাউবা (খাঙতমদবা)—মখোয় অসিবুনা 'মলাবহ' পাতক কৌই হায়বদি মসিনা থম্মোই মকশিনহল্লি॥ ৭১॥

মহাপাতক, অনুপাতক, উপপাতক, জাতিভ্রংশকর পাতক, (জাত তাহনবা) সঙ্করীকরণ পাতক, অপাত্রীকরণ পাতক অমসুং মলাবহ পাতক—পাতক মখল ৭কী য়া তোপ্পা তোপ্পা হায়রবসিনি। পাতকশিং অসিগী কোক্লবা প্রায়শ্চিত্ত অমুক হায়গে তাবিয়ু॥৭২॥

ব্রাহ্মণ হাৎপা মীনা মশাবু শেংদোক্লবগীদমক্তা বনদা খাং-পোকশঙ্ অমা শারগা খুদম ওইনা মানা হাৎখিবা মী অহুগী নত্রগা অতোপ্পা ব্রাহ্মণ অশিবা অমগী মকোক্কী লুকলমা ভিক্ষা পাত্র ওইন-হুনা নিঙ্গা চহি ১২ বনদা লেনগনি॥ ৭৩॥

নত্রগা ব্রাহ্মণ হাৎপগী পাপ কোক্লবা মথুত্তা খুৎলাই পাগ্গদুনা

যজেত বাশ্বমেধেন স্বর্জিতা গোসবেন বা।
অভিজিদ্বিশ্বজিদ্ভ্যাং বা ত্রিবৃতাগ্নিষ্টুতাপি বা ॥ ৭৫
জপন্ বান্যতমং বেদং যোজনানাং শতং ব্রজেৎ।
ব্রহ্মহত্যাপনোদায় মিতভুঙ্ নিয়তেন্দ্রিয়ঃ ॥ ৭৬
সর্ব্বস্বং বেদবিদুষে ব্রাহ্মণায়োপপাদয়েৎ।
ধনং বা জীবনায়ালং গৃহং বা সপরিচ্ছদম্ ॥ ৭৭
হবিষ্যভুগ্ বানুসরেৎ প্রতিস্রোতঃ সরস্বতীম্।
জপেদ্বা নিয়তাহারস্ত্রির্বৈ বেদস্য সংহিতাম্ ॥ ৭৮

---

লান চঙ্লিবা মীগী মফমদা মানা তৌরুবা পাপকী য়ারী লীরগা থুংলাই মমাঙ্দা লেপ্তূনা মশানা য়ানা শিজগনি। নত্রগা অচাকপা মৈয়্যুংদা মমায় লুকথহুনা শিননবা অহুম্রক হন্না চোংশিনগনি ॥ ৭৪ ॥

নত্রগা মশানা খঙ্দনা থোকখিবা ব্রাহ্মণ হাংপগী পাপ কোক্লনবা অশ্বমেধ যজ্ঞ অমদি 'স্বর্জিত' হায়না কৌবা যজ্ঞ নত্রগা 'গোসব' হায়না কৌবা যজ্ঞ, নত্রগা 'বিশ্বজিত,' 'ত্রিবৃত,' 'অভিজিৎ' অমদি 'অগ্নিষ্টুৎ' হায়না কৌবা যজ্ঞশিং অসিগী মরক্তা অমবু পাঙ্থোক্কনি ॥ ৭৫ ॥

ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোকই হায়বদগী হেন্দবা, মগুণ চেন্দবা অহুগুম্বা ব্রাহ্মণ অদুবু খঙ্দবদগী হাংলুরবদি বেদশিংগী মরক্তা বেদ অমবু জপ তৌহুনা চাবা-থকপা চাং হস্থনা ইন্দ্রি লাকশিন্দুনা য়ুথক ১০০গী লম্বী চৎকনি ॥ ৭৬ ॥ ( যোজন=য়ুথক=মাইল ৮, মরম অহুনা য়ুথক ১০০=মাইল ৮০০ )

নত্রগা ব্রাহ্মণনা খঙ্দহুনা অচম্বা ব্রাহ্মণ অমবু হাংলুরবদি মহুগী পাপ কোক্লবা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণদা মাগী লৈজবা থাক্তনা দান তৌথোক্কনি। অহুগা মপুঙ্গী চুপ্পা হিংনবা য়াবা মচাক মরল পীগনি অমদি ইমুংগী মচাক শুনা য়াওবা য়ুম দান তৌহুনা কৎকনি ॥ ৭৭ ॥

ব্রাহ্মণনা খঙ্লা খঙ্না অচম্বা ব্রাহ্মণ ( ব্রাহ্মণ শাগৈনি হায়বদগী হেন্দবা ) হাংলবদি মহুগী পাপ কোক্লবা হবিষ্যান্ন ( নি

কৃতবাপনো নিবসেদ্ গ্রামান্তে গোব্রজেঽপি বা।
আশ্রমে বৃক্ষমূলে বা গোব্রাহ্মণহিতে রতঃ॥ ৭৯
ব্রাহ্মণার্থে গবার্থে বা সদ্যঃ প্রাণান্ পরিত্যজন্।
মুচ্যতে.ব্রহ্মহত্যায়া গোপ্তা গোব্রাহ্মণস্য চ॥ ৮০
ত্রিবারং প্রতিরোদ্ধা বা সর্ব্বস্বমবজিত্য বা।
বিপ্রস্য তন্নিমিত্তে বা প্রাণলাভেঽপি মুচ্যতে॥ ৮১

---

তোংপা চেঙ্‌ পাক) মচিংবা নিরামিষ চাহনা স্বরস্বতী তুরেনগী ঈচেল মতুংইনা সমুদ্র য়োনবা অসুম চৎকনি অমদি খজীক খজীকমক চাবা-থকপা তৌহনা বেদ-সংহিতা অহুমক পাঠ তৌগনি॥ ৭৮॥

মথক্তা হায়খ্রিবা চহি ১২ ব্রত তৌবগী থোইদোকপা নিয়ম অহুনী মশক্তি—মশম-মকোই-খুজীন ককথত্তুনা যণ-ব্রাহ্মণগী কায়-নবা থবক তৌহনা খুংগঙ্‌ মনাক্তা নত্রগা যণগোল্দা নত্রগা তীর্থগী আশ্রমদা নত্রগা উখোঙ্‌ অমদা লৈগনি। থাংপোক্তা লৈগনি হায়না মথক্তা হায়খিবহু মকমশিং অসিদা ওইগদবনি॥ ৭৯॥

মকমশিং অসিদা লৈহনা ব্রাহ্মণ নত্রগা যণবু কয়নবগীদমক খুদক্ত মথয়ায় থাদোক্লবদি নত্রগা যণ অমদি ব্রাহ্মণবু কয়নবা হোৎ-বদা মথয়ায় থাখিত্রবমকসু মী অহু ব্রাহ্মণ হাৎপগী পাপতি অহুম্মক কোকলে॥ ৮০॥

ডাকুশিংনা ব্রাহ্মণগী মচাক-মরল পুম্নমক হুরান্দুনা পুখ্রে হায়বা উবদগী মহু থিংননবা হোৎনবদা অমুক নত্রগা অহুম্নক হয়া হুরানবশিং অহুথা লান শোক্লয়বদি নত্রগা পোৎ অদুবু কল্লকপা জয়বদি অমদি হুখ্রিবা মপোৎ অহু ফংননবা হোৎনবদা ব্রাহ্মণ অহু শিগদোরে হায়বা উবদগী হুখ্রিবা পোৎ অহুগা মায়না মরমাইগী ওইবা পোৎ পুথোক্‌না ব্রাহ্মণ অহুদা কৎলবদি—ব্রাহ্মণ হাৎপগী পাপ কোকই॥ ৮১॥

এবং দৃঢ়ব্রতো নিত্যং ব্রহ্মচারী সমাহিতঃ।
সমাপ্তে দ্বাদশে বর্ষে ব্রহ্মহত্যাং ব্যপোহতি ॥ ৮২
শিষ্ট্বা বা ভূমিদেবানাং নরদেব সমাগমে।
স্বমেনোঽবভৃথস্নাতো হয়মেধে বিমুচ্যতে ॥ ৮৩
ধর্ম্মস্য ব্রাহ্মণো মূলমগ্রং রাজন্য উচ্যতে।
তস্মাৎ সমাগমে তেষামেনো বিখ্যাপ্য শুধ্যতি ॥ ৮৪
ব্রাহ্মণঃ সম্ভবেনৈব দেবানামপি দৈবতম্।
প্রমাণঞ্চৈব লোকস্য ব্রহ্মাত্রৈব হি কারণম্ ॥ ৮৫
তেষাং বেদবিদো ব্রূয়ুস্ত্রয়োঽপ্যেনঃসু নিষ্কৃতিম্।
সা তেষাং পাবনায় স্যাৎ পবিত্রং বিদুষাং হি বাক্ ॥৮৬

---

অসুম তৌহনা হৃমিৎ খুদিঙ্গী অচেৎপা ব্রত তৌহনা, ব্রহ্মচারী ওইহনা, পূক্লিঙ্ লাকশিন্দুনা চহি ১২ লেপ্লবদি ব্রাহ্মণ হাৎলুবা মীগী পাপ কোকপা ঙম্মী ॥ ৮২ ॥

নত্রগা হৌগৎলবা অশ্বমেধ যজ্ঞদা যজমান ওইবা ক্ষেত্রি অমসুং পুরোহিত ব্রাহ্মণ পূম্নমকপু মশানা ব্রাহ্মণ হাৎলুবগী পাপ পূম্নমক অহু হায়দোক্তুনা খঙ্নহল্লগা যজ্ঞ অহুগী লোইশিল্লকপদা 'অবভৃথ-স্নান' ( পাপ কোক্লবা তৌবা স্নান মখল অমা ) তৌরবদি—ব্রাহ্মণ হাৎপগী পাপ কোকই। মগুণ চেনবা ব্রাহ্মণনা অচম্বা ব্রাহ্মণ হাৎলবদি অসিগুম্বা প্রায়শ্চিত্ত অসি তৌগদবনি ॥ ৮৩ ॥

ব্রাহ্মণদি ধর্ম্মগী উপাল মরুনি অহুগা নিংথৌ হায়বসিনা উপাল অহুগী মনা মশানি ; মরম অহুনা মথোয়গী মমাঙ্দা ইশাগী পাপ হায়দোকচরবদি পাপ কোকই ॥ ৮৪ ॥

ব্রাহ্মণদি হেক পোক্লকপদদা লাই ফাওবগী ঈড়াৎনকমনি অহুগা ব্রাহ্মণগী পাউতাক্তি বেদমকী মশক ওইবনা মহাক্তি মীয়ম-লেন অসিদ। অথোইবা শাস্ত্রগী মশক্কি ॥ ৮৫ ॥

ব্রাহ্মণশিং অহুগী মরক্তা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণ অহুমা হায়বা পাপ

অতোঽন্যতমমাস্থায় বিধিং বিপ্রঃ সমাহিতঃ।
ব্রহ্মহত্যাকৃতং পাপং ব্যপোহত্যাত্মবত্তয়া ॥ ৮৭
হত্বা গর্ভমবিজ্ঞাতমেতদেব ব্রতং চরেৎ।
রাজন্যবৈশ্যৌ চেজানাবাত্রেয়ীমেব চ স্ত্রিয়ম্ ॥ ৮৮
উক্ত্বা চৈবানৃতং সাক্ষ্যে প্রতিরুধ্য গুরুং তথা।
অপহৃত্য চ নিক্ষেপং কৃত্বা চ স্ত্রীসুহৃদ্বধম্ ॥ ৮৯
ইয়ং বিশুদ্ধিরুদিতা প্রমাপ্যাকামতো দ্বিজম্।
কামতো ব্রাহ্মণবধে নিষ্কৃতির্ন বিধীয়তে ॥ ৯০

---

কোক্লবা প্রায়শ্চিত্তকী মশক অহুতনা পাপীশিংগী মশা শেংদোক্লবা হৌরমনি ; মরমদি বেদ হৈবা ব্রাহ্মণগী পাউতাক্তনা অশেংবনি ॥৮৬॥

ব্রাহ্মণ হাৎপা ব্রাহ্মণনা, পরব্রহ্মদা পুক্নিঙ্ লুপ্তনা—মথক্তা হায়খ্রিবা ব্রাহ্মণ হাৎপগী প্রায়শ্চিত্তশিং অসিগী মরক্তা প্রায়শ্চিত্ত অমবু তৌরবদি ব্রাহ্মণ হাৎপগী পাপ কোকই। ( অধিকারী খেন্নবা মতুং ইন্না প্রায়শ্চিত্তশিং অসিস্থ খেন্নগনি ) ॥ ৮৭ ॥

নুপী নিপা নত্রগা নপুংসকনি হায়বা খঙ্গ্রিবা ( কায়াৎ গুনা য়াত্রিবা ) অন্তগুম্বা গর্ভদা লৈরিবা ব্রাহ্মণগী অঙাং, অতুগা যজ্ঞ তৌরিবা ক্ষেত্রি নত্রগা বৈশ্য অমদি থাগী খোঙ্কাপ তম্লুবদগী মকোক লুক্সরবী ব্রাহ্মণ-নুবী—মখোয় অসি হাৎপগী প্রায়শ্চিত্তি ব্রাহ্মণ হাৎপগা মান্নগনি ॥ ৮৮ ॥

মিথ্যাসাক্ষী পীরবদি, গুরুগী মরমদা গুইদবা ব্রাকমনা পাউ-থোকহল্লবদি, মীনা পুনশিঞ্জরম্বা পোৎ হুরাল্লবদি, মৈ-মুত্তনা-যজ্ঞ তৌরিবা ব্রাহ্মণগী ( অগ্নিহোত্র ) নুপী হাৎলুরবদি অমদি মরূপ-মপাং হাৎলুরবদি—ব্রাহ্মণ হাৎপগা মান্নবা প্রায়শ্চিত্ত তৌগনি ॥৮৯॥

হায়রিবা প্রায়শ্চিত্তশিং অসিদি ইখঙ্ খঙ্দনা ব্রাহ্মণ হাৎলুরবগীনি, অতুগা খঙ্না খঙ্না ব্রাহ্মণ হাৎলুবগীদি মসিগী শরুক অনি হেনবনচিংবা প্রায়শ্চিত্ত তৌরবসি পাপ কোকহনবা ঙমদে ॥ ৯০ ॥

সুরাং পীত্বা দ্বিজো মোহাদগ্নিবর্ণাং সুরাং পিবেৎ।
তয়া স্বকায়ে নির্দগ্ধে মুচ্যতে কিল্বিষাত্ততঃ॥ ৯১
গোমূত্রমগ্নিবর্ণং বা পিবেদুদকমেব বা।
পয়ো ঘৃতং বা মরণাদ্গোশকৃদ্রসমেব বা॥ ৯২
কণান্ বা ভক্ষয়েদব্দং পিণ্যাকং বা সকৃন্নিশি।
সুরাপানাপনুত্ত্যর্থং বালবাসা জটীধ্বজী॥ ৯৩
সুরা বৈ মলমন্নানাং পাপ্মা চ মলমুচ্যতে।
তস্মাদ্ ব্রাহ্মণরাজন্যৌ বৈশ্যশ্চ ন সুরাং পিবেৎ॥ ৯৪
গৌড়ী পৈষ্টী চ মাধ্বী চ বিজ্ঞেয়া ত্রিবিধা সুরা।
যথৈবৈকা তথা সর্ব্বা ন পাতব্যা দ্বিজোত্তমৈঃ॥ ৯৫

---

ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি অমসুং বৈশ্যনা মশানা থক্লিঙ্ হৌনা য়ু থক্লুরবদি পাপ কোল্লবা মৈ মচু মানবা প্রোক প্রোক শাবা য়ু থক্কনি—মসি থকপদা হকচাং চাকথেক্লবদি পাপ অদুদগী কোকপা ঙম্মী॥ ৯১॥

নত্রগা যণ-মমুং, ঈশিং, শঙ্গোম, ঘি, মঙ্গী য়ানশিনবা ঈশিং মথোয় অসিগী মমুংদা অপাম্বা অমা থল্লগা মদুবু মৈমক্কা মাম্লনা শাহল্লগা হেক শিত্রিবা ফাওবা থক্কদবনি—শিরবদি পাপ কোকলে॥ ৯২॥

করিগুম্বা, মশানা থঙ্দনা য়ু থকলুরবদি, মণ মতুনা শাবা ক্কি শেংলগা মকোক্তা জটা পুহনা, য়ুগী পাত্রনা থূদম তৌহনা (মীবু থঙ্হন্নবা) চেক্কূপ-রাইকূপ য় ম্নবা চাক (দানা) নত্রগা থোয়দিংগী থাউথী—অহুতা চহি চুপ্পা অমা নোংমগী অমুক অমুক্তং চাহনা থাঙ্-গনি—ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ অহমনা অসুম তৌরবদি থঙদবদগী য়ু থকখিবা অদুগী পাপ কোকই॥ ৯৩॥

য়ু-দি চাক্কী মথানি, মথীগী জাং হায়বসিমক্তবু পাপকী মশক্কি; মরম অসিনা ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি অমসুং বৈশ্যনা থক য়ু থকপা হো-নদে॥ ৯৪॥

চুহীদগী তুংবা 'গৌড়ী', চেঙনচিংবগী য়ামনা- ভুংবা 'পৈষ্টী'

যক্ষরক্ষঃপিশাচান্নং মদ্যং মাংসং সুরাসবম্।
তদ্ ব্রাহ্মণেন নাত্তব্যং দেবানামশ্নতা হবিঃ ॥ ৯৬
অমেধ্যে বা পতেন্মত্তো বৈদিকং বাপ্যুদাহরেৎ।
অকার্য্যমন্যৎ কুর্য্যাদ্বা ব্রাহ্মণো মদমোহিতঃ ॥ ৯৭
যস্য কায়গতং ব্রহ্ম মদ্যেনাপ্লাব্যতে সকৃৎ।
তস্য ব্যপৈতি ব্রাহ্মণ্যং শূদ্রত্বঞ্চ স গচ্ছতি ॥ ৯৮
এষা বিচিত্রাভিহিতা সুরাপানস্য নিষ্কৃতিঃ।
অত ঊর্দ্ধং প্রবক্ষ্যামি সুবর্ণস্তেয়নিষ্কৃতিম্ ॥ ৯৯

---

অহুগা থোইহৌদগী গুংবা 'মাধ্বী'—অসিগুম্বা য়ু মথল অহুম অসিমক চপ মান্নবা মক্তনি। দ্বিজশিংগী মরক্তা থোইদোক্লবা ব্রাহ্মণশিংনা মসিবু থক থকৃলোইদবনি ॥ ৯৫ ॥

য়ু মথল ৯, চাহৈদবা শা, মথক্তা হায়রিবা য়ু মথল অহুম অহুগা 'আসব' হায়বদি গুংবদা ডায়রিবা য়ুগী মথল;—পূম্নমক অসিদি যক্ষ, (কুবেরগী মনাইশিং) রাক্ষস (হিংচাবা), পিশাচ (ভূত প্রেতনচিংবা)—মথোয় অসিগী চাক্লাকনি; মরম অদুনা মসিবু লাইগী হবি চারিবা ব্রাহ্মণনা কৈদৌঙৈদসু থকপা হৌনদে ॥ ৯৬ ॥

ব্রাহ্মণনা য়ু থকচিল্লগা অমাংবা মফমদা তাদুনা লৈরুবা য়াই, অথুম্বা বেদগী মরোলবু তাকথোকপা য়াদবা মীদা তাকথোক্লুবা য়াই নত্রগা তৌহৈদবা কয়া তৌরুবা য়াই—মরম অদুনা ব্রাহ্মণনা কৈদৌঙৈদসু য়ু থকলোইদবনি ॥ ৯৭ ॥

মশাদা লৈরিবা ব্রহ্ম অদুবু অমুক্তং য়ুগা শোক্নহল্লুবদা মী অদুনা ব্রাহ্মণ ওইবা তোক্লুনা শূদ্র ওইরকই ॥ ৯৮ ॥

য়ু থকপগী পাপ কোক্লবা প্রায়শ্চিত্ত মথল অহুমগী রারম হায়রবসিনি; হজৌক্তি ব্রাহ্মণগী সনা হুবগী রা অমুক হায়রগে তারীয় ॥ ৯৯ ॥

সুবর্ণস্তেয়কৃদ্বিপ্রো রাজানমভিগম্য তু।
স্বকর্ম খ্যাপয়ন্ ব্রূয়ান্মাং ভবাননুশাস্ত্বিতি ॥ ১০০
গৃহীত্বা মুষলং রাজা সকৃদ্ধন্যাৎ তু তং স্বয়ম্।
বধেন শুধ্যতি স্তেনো ব্রাহ্মণস্তপসৈব তু ॥ ১০১
তপসাপনুনুৎসুস্তু সুবর্ণস্তেয়জং মলম্।
চীরবাসা দ্বিজোঽরণ্যে চরেদ্ব্রহ্মহণো ব্রতম্ ॥ ১০২
এতৈর্ব্রতৈরপোহেত পাপং স্তেয়কৃতং দ্বিজঃ।
গুরুস্ত্রীগমনীয়ন্তু ব্রতৈরেভিরপানুদেৎ ॥ ১০৩

---

ব্রাহ্মণগী সনা হূরানবা ব্রাহ্মণনা নিংথৌগী মনাক্তা চৎলগা মশাগী মরাল পূম্নমক ফোংদোকচহনা অসুম্না হায়গনি মহুদি—“মহারাজ! ঐ ফত্তবা থবক তৌরুরে, ঐবু মহারাজনা হৌনবী মতুংইন্না রারকপিয় ॥ ১০০ ॥

মথংদা নিংথৌনা হূরানবা মশানা পুজরকপা গদা নত্রগা য়োংশুক অহনা হূরানবা অদুবু শিরুম-নারুম তৌবমথৈ ফুগনি—মতম অহুদা সনা হূবগী পাপ কোক্কনি। ব্রাহ্মণগীদি হাৎপগী দণ্ডি পীবা য়াদবনা হায়রিবা প্রায়শ্চিত্ত অসি ব্রাহ্মণ নত্তবা মীওইবা পূম্নমক্কীনি হায়না খঙ্নগনি। ব্রাহ্মণদি অকনবা তপস্যাতনা পাপ পূম্নমক্কগী কোকপা ওম্মী ॥ ১০১ ॥

সনা হূরানবগী পাপ কোক্নবা তপ তৌনিঙ্বা দ্বিজাতিনা বনগী মমুংদা উকু শেৎলগা লৈহনা চহি ১২ চুপ্পা ব্রাহ্মণ হাৎপগী প্রায়শ্চিত্ত অহুগা মান্নবা ব্রত তৌগনি ॥ ১০২ ॥

দ্বিজাতিশিংনা, ব্রাহ্মণগী সনা হূরানবগী পাপ অহুদি—অসিগুম্বা ব্রতশিং অসি তৌরগা কোক্কনি। অহুগা গুরুগী নুপী হুল্লাম্নুবগী পাপতি মথাগী ব্রত অসি তৌরগা কোক্কনি ॥ ১০৩ ॥

গুরুগী নুপী নত্রগা মমা-পোক্কবী হুল্লাম্নুবগী পাপ অহু মশানা হায়দোকচহনা পাপ অহু কোকচনবগীদমক মৈ-ঈকুপা য়োংবী

গুরুতল্প্যভিভাষ্যৈনস্তপ্তে স্বপ্যাদয়োময়ে।
সূর্মীং জ্বলন্তীং স্বাশ্লিষ্য মৃত্যুনা স বিশুধ্যতি ॥ ১০৪
স্বয়ং বা শিশ্নবৃষণাবুৎকৃত্যাধায় চাঞ্জলৌ।
নৈঋতীং দিশমাতিষ্ঠে দানিপাতাদজিহ্মগঃ ॥ ১০৫
খট্বাঙ্গী চীরবাসা বা শ্মশ্রুলো বিজনে বনে।
প্রাজাপত্যং চরেৎ কৃচ্ছ্রমব্দমেকং সমাহিতঃ ॥ ১০৬
চান্দ্রায়ণং বা ত্রীন্ মাসানভ্যস্যেন্নিয়তেন্দ্রিয়ঃ।
হবিষ্যেণ যবাগ্বা বা গুরুতল্পাপনুত্তয়ে ॥ ১০৭

---

কম্মুংদা হিপ্পগা মৈ-ঈকৃপা য়োৎকী নূপী অমবু মথৱায় হেক থাদ্রিবা ফাওবা কোনগনি—মথৱায় থারবতদা মাগী পাপ অহু কোক্কনি ॥১০৩॥

নম্রগা গুরুগী নূপী হুল্লাল্লুবা নিপা অহুনা মশা মথন্তা, মশাগী লিঙ্গ (অণ্ডীবম) অমসুং লূম অনিমক ককথৎচরগা মহু খূজোক্তা হাপ্তূনা মশা চপতিংনা মোইরাং-লায়জি পাংনা অসুম চৎকনি। অসুম্না চৎপদা হাইথহুনা লৈমায়দা তারবদা মাগী পাপ অহু কোক্কনি। বর্ণ তিম্নবী মপাগী নূপী (মমা পোক্তবী) হুল্লাল্লুবগীদি মথক্কী প্রায়শ্চিত্ত অনি অসি তৌগনি ॥ ১০৫ ॥

মশাগী নূপী ওইরবোই নিঙ্ হুনা গুরুগী নূপীদা লৈপুন্নরুবগী প্রায়শ্চিত্ত—অতেকপা কাংথোন মথোঙ্ অমা পায়হুনা, ফিমন শেত্তূনা, অমসুং মশম-মনা, খূজীন-খূয়া, অমদি মকোয়-মরাং পুন্নমক ককৃপা লৈতনা অহুম য়োক্তূনা অচীকপা বন মহুংদা লৈরগা চহি অমা চুপ্না প্রাজাপত্য ব্রত তৌগনি ॥ ১০৬ ॥

নম্রগা গুরুগী নূপী হুল্লাল্লুবগী পাপ কোক্কনবগীদমক্তি—হবিষ্যান্ন হায়বদি—ঘি তোৎপা চাক—রাইশুচরা অমদি যব-কী চাক চাহুনা ইন্দ্রি খূহুম চন্না থা অহুম ফাওবা চান্দ্রায়ণ ব্রত তৌগনি। মসিগী প্রায়শ্চিত্ত অসিদি মশানা হান্নদপী ওকলমত্রবী বর্ণশু তিম্নদবী অহুগুবী গুরুগী নূপী অহু হুল্লাল্লুবগীনি খঙ্ নগনি ॥ ১০৭ ॥

এতৈৰ্ব্ৰতৈৰপোহেয়ুৰ্মহাপাতকিনো মলম্ ।
উপপাতকিনস্ত্বেবমেভির্নানাবিধৈৰ্ব্ৰতৈঃ ॥ ১০৮
উপপাতকসংযুক্তো গোঘ্নো মাসং যবান্ পিবেৎ ।
কৃতবাপো বসেদ্‌গোষ্ঠে চর্ম্মণা তেন সংবৃতঃ ॥ ১০৯
চতুর্থকালমশ্নীয়াদক্ষারলবণং মিতম্ ।
গোমূত্রেণ চরেৎ স্নানং দ্বৌ মাসৌ নিয়তেন্দ্রিয়ঃ ॥ ১১০
দিবানুগচ্ছেদ্‌গাস্তাস্তু তিষ্ঠন্নূর্দ্ধ্বং রজঃ পিবেৎ ।
শুশ্রূষিত্বা নমস্কৃত্য রাত্রৌ বীরাসনং বসেৎ ॥ ১১১

---

মহাপাতককী পাপ লও্জবশিংনা অসিগুম্বা ব্রতশিং অসি তৌহ্না মশা মশাগী পাপ কোক্লহনগনি। অত্তগা উপপাতককী পাপ চেনবশিংনা মখোয়গী পাপ অত্থ কোকহঙনবগাদমক্তা মথাগী ব্রতশিং অসি তৌনগনি ॥ ১০৮ ॥

যজ্ঞগীদমক নত্তনা অতোপ্পা মরমগীদমক ষণ হাংলুবা অত্থগুম্বা উপপাতক-কী দোষ কোক্লনবদি—অহানবা থা অমা যবকী য়াম ফুত্তূনা চাগনি, অত্থগা মরু কোকথোক্তূনা, মকোই কোক্তূনা, ষণগী মউন্না মশা কুপশিল্লগা ষণগোনশঙ্‌দা লৈগনি ॥ ১০৯ ॥

অনি অমসুং অহুম শুবা মথংগী থাদদি—নোংমা চরা হেল্লগা নিনি শুবগী য়াচঙবদা থুংশেমগী থুম য়াওদনা চাং তম্না নিরামিষ চাগনি, ইন্দ্রি লাকশিনগনি অমসুং ষণ-ময়ুংনা ঈরুজগনি ॥ ১১০ ॥

থা অহুম ফাওবা অয়ুক-হুংথিন্দা ষণবী ময়ামগী মতুংইন্নুনা চৎকনি অত্থগা লেপ্তূনা লৈরগা ষণবী পুন্নমক অত্থগী মখোঙ্‌দগী থোরকপা উকুনশিং অত্থ চা-গনি ; ষণগী মশা তকপি-নানবীবন-চিংবা সেবা তৌহ্না ষণবীশিংবু খুরুম্নগা অহিংদা মফম অত্থমক্তদা বীরাসন ( খোঙ্‌ নামনা ফৈগল অমদা থাংগৎপা নামনা অমদা থাংগৎপা কক্ষম ) দা ফক্লাংনচিংবদা ঙাবা তৌদনা কমক্তনা অহুম লৈগনি ॥ ১১১ ॥

তিষ্ঠন্তীষ্বনুতিষ্ঠেত্তু ব্রজন্তীষ্বপ্যনুব্রজেৎ।
আসীনাসু তথাসীনো নিয়তো বীতমৎসরঃ ॥ ১১২
আতুরামভিশস্তাং বা চৌরব্যাঘ্রাদিভির্ভয়ৈঃ।
পতিতাং পঙ্কলগ্নাং বা সর্ব্বোপায়ৈর্বিমোচয়েৎ ॥ ১১৩
উষ্ণে বর্ষতি শীতে বা মারুতে বাতি বা ভৃশম্।
ন কুর্ব্বীতাত্মনস্ত্রাণং গোরকৃত্বা তু শক্তিতঃ ॥ ১১৪
আত্মনো যদি বান্যেষাং গৃহে ক্ষেত্রেঽথবা খলে।
ভক্ষয়ন্তীং ন কথয়েৎ পিবন্তঞ্চৈব বৎসকম্ ॥ ১১৫
অনেন বিধিনা যস্তু গোঘ্নো গামনুগচ্ছতি।
স গোহত্যাকৃতং পাপং ত্রিভির্মাসৈর্ব্যপোহতি ॥ ১১৬

---

ষণশিংনা হৌগৎনরক্লগা হৌগত্তুনা লেপকনি—মখোয়না চৎলগনা মতুংইন্দুনা চৎকনি, মখোয়না কূল্লগনা ফমগনি—মতৌ অস্লুম তৌনা অতোনবা মতৌনা অতৎপা লৈতনা মখোয়গী সেবা তৌগনি ॥ ১১২ ॥

ষণশিং অহূনা নায়বা নত্রগা হূরানবা অমদি কৈনচিংবনা হুগদবগী অমদি লাক্কদবগী চঙ্‌লক্লবা অহূগা তাবা হায়বদি লৈখোম-নচিংবদা পূখত্রবদি অঙম্বা শক্তি মথৈ হোৎনহূনা ঙাকপি-কনবী-গদবনি ॥ ১১৩ ॥

ঙলাঙ্‌থা, নোংজুথা, নিংথমথা অমদি অকনবা নোং-মুংশিং-নচিংবদা ষণবীশিংবু অঙম্বা শক্তিনা কম্নবা হোৎনদনা কৈদৌঙৈদসু মশাবু হান্না কঞ্জনবা হোৎনরোইদবনি ॥ ১১৪ ॥

মশাগী নত্রগা অতোপ্পগী ময়ুমদা, লৌবৃক্তা নত্রগা লৌ-য়েৎফমদা ষণবীনা মহৈ-মরোং চাবা নত্রগা ষম্নাউনা মখোম থক্তোকপা উরগা য়ুম্বু কৌহূনা খক তাকলোইদবনি ॥ ১১৫ ॥

মথক্তা হায়রিবা নিয়মশিং অসিগী মতুংইন্না ষণ হাৎপা মী অহূনা থা অহূম চুপ্পা ষণগী সেবা তৌজরবদি ষণ হাৎপগী পাপ অহু কোকই ॥ ১১৬ ॥

বৃষভৈকাদশা গাশ্চ দত্তাৎ সুচরিতব্রতঃ।
অবিদ্যমানে সর্ব্বস্বং বেদবিদ্ভ্যো নিবেদয়েৎ ॥ ১১৭
এতদেব ব্রতং কুর্য্যুরুপপাতকিনো দ্বিজাঃ।
অবকীর্ণিবর্জ্জং শুদ্ধ্যর্থং চান্দ্রায়ণমথাপি বা ॥ ১১৮
অবকীর্ণী তু কাণেন গর্দ্দভেন চতুষ্পথে।
পাকযজ্ঞবিধানেন যজেত নির্ঋতিং নিশি ॥ ১১৯
হুত্বাগ্নৌ বিধিবদ্ধোমানন্ততশ্চ সমেত্যৃচা।
বাতেন্দ্রগুরুবহ্নীনাং জুহুয়াৎ সর্পিষাহুতীঃ ॥ ১২০
কামতো রেতসঃ সেকং ব্রতস্থস্য দ্বিজন্মনঃ।
অতিক্রমং ব্রতস্যাহুর্ধর্ম্মজ্ঞা ব্রহ্মবাদিনঃ ॥ ১২১

---

অসুম তৌনা প্রায়শ্চিত্ত তৌরবা মী অহুনা যণ লাবা অমগা যণবী ১০ গা দক্ষিণা কৎকনি, হায়রিবসি লৈত্রগনা মাগী লৈজবা খাক্তনা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণদা দান তৌগনি ॥ ১১৭ ॥

অবকীর্ণী (নূপী তিন্নবনচিংবা তৌহুনা ব্রত নিয়ম কায়রবা মী) নত্তনা অতোপ্পা উপপাতক তৌবা দ্বিজশিংনা মশা শেংদোক্নবগী-দমক্তা মতৌ অসুম তৌনা যণ হাৎপগী প্রায়শ্চিত্ত নত্রগা চান্দ্রায়ণ ব্রত তৌগনি ॥ ১১৮ ॥

অবকীর্ণ ওইবা পাপশিং অহুদি মমিৎ নামা তাঙ্‌বা গাধানা লমলোঙ্‌ মবি ফাংবগী ময়ায়দা নির্ঋতি দেবতা ( মোইরাং সন্ধোঙ্‌ মায়কৈগী মপু ) বু যজ্ঞ তৌহুনা লাৎকনি ॥ ১১৯ ॥

অসুম তৌনা লমলোঙ্‌ মরি কাংবদা হোম তৌরগা "সমাসিঞ্চন্ত মরুত" হায়বনচিংবা ঋক্ মন্ত্রনা মারুত ( নুংশিৎ ), ইন্দ্র, বৃহস্পতি ( গ্রহ ), অমসুং অগ্নি ( মৈ )—লাই মরি অসিবু ঘিনা হোম কৎকনি ॥ ১২০ ॥

দ্বিজ ব্রহ্মচারীনা তৌগে হায়বা য়াওনা নূপীগী যোনি (অঙ্গবম) দা বীর্য্য তাহল্লুববু ধর্ম্ম খঙ্‌বা ব্রহ্মবাদিশিংনা ব্রহ্মচর্য্য ধর্ম্মগী য়াংমা লাম্বোকপনি হায়নৈ। অসিগুম্বা ব্রহ্মচারীনা মশাগী য়েল মশান

মারুতং পুরুহূতঞ্চ গুরুং পাবকমেব চ।
চতুরো ব্রতিনোহভ্যেতি ব্রাহ্মং তেজোহবকীর্ণিনঃ ॥ ১২২
এতস্মিন্নেনসি প্রাপ্তে বসিত্বা গর্দ্দভাজিনম্।
সপ্তাগারাংশ্চরেদ্ভৈক্ষ্যং স্বকর্ম্ম পরিকীর্ত্তয়ন্ ॥ ১২৩
তেভ্যো লব্ধেন ভৈক্ষ্যেণ বর্ত্তয়ন্নেককালিকম্।
উপস্পৃশংস্ত্রিষবণং ত্বব্দেন স বিশুধ্যতি ॥ ১২৪
জাতিভ্রংশকরং কর্ম্ম কৃত্বান্যতমমিচ্ছয়া।
চরেৎ সান্তপনং কৃচ্ছ্রং প্রাজাপত্যমনিচ্ছয়া ॥ ১২৫

---

থোকহনবনু "অবকীর্ণ" হায়না কৌই। অবকীর্ণ ওইবা মীবু অবকীর্ণী হায়বনি ॥ ১২১ ॥

অবকীর্ণী ওইরবা ব্রহ্মচারীগী মশাদা চেল্লম্বা ব্রহ্মতেজ অদু হুংশিংনা, শোরারেন্না, বৃহস্পতিনা অমদি মৈ কোবা লাইনা লৌখি। মরম অতুনা দোষ অদু কোক্লবগীদমক ঘিনা লাই মরি অসিগী হোম পীগদবনি ॥ ১২২ ॥

অবকীর্ণ ওইবা পাপী অদুনা মথক্কী শ্লোক-তা হায়রবা গাধানা যজ্ঞনচিংবা খৌরবমক্তুদসু গাধাগী মউন শেত্তুনা 'ঐনা অসিগুম্বা পাপ তৌরুরে" অস্নুন্না মশাগী দোষ হায়না হায়না যুম তরেৎ শুনা ভিক্ষা নিবা চংকনি ॥ ১২৩ ॥

ভিক্ষাদা ফংলকপা পোৎ অদুনা নোংমদা চরা অমত্তং চাগনি অদুগা অযূক্তা, নুমিৎ য়ুংবদা অমসুং য়াচঙ্বদা, অহুম অহুমলক হুমিৎ থূদিঙ্গী ঈরুজদুনা মওঙ্ অসি চহি অমা চুপ্পা তৌরগা মানা তৌরুবা পাপ অদু কোকনি ॥ ১২৪ ॥

খঙনা খঙ্না জাত তাবা য়াবা পাপ তৌরুরবদি চয়োল অমগী মনুংদা 'সান্তপন ব্রত' ( যম্থী, যণয়ুং, শংগোম অনৌবা, অফম্বা, ঘি অমসুং কুশ লুপ্পা ঈশিং—পোৎলম ৬ অসি তিন্নদুনা হুন্নিৎ ৬ নি চ য়গা তরেৎনি শুবদা চন্না হেনবা ব্রত মথল অমা ) তৌগনি; খঙদনা তৌরুরপীরা প্রাজাপত্য ব্রত তৌগনি ॥ ১২৫ ॥

সঙ্করাপাত্রকৃত্যাসু মাসং শোধনমৈন্দবম্।
মলিনীকরণীয়েষু তপ্তঃ স্যাদ্ যাবকৈস্ত্র্যহম্ ॥ ১২৬
তুরীয়ো ব্রহ্মহত্যায়াঃ ক্ষত্রিয়স্য বধে স্মৃতঃ।
বৈশ্যেঽষ্টমাংশো বৃত্তস্থে শূদ্রে জ্ঞেয়স্তু ষোড়শঃ ॥ ১২৭
অকামতস্তু রাজন্যং বিনিপাত্য দ্বিজোত্তমঃ।
বৃষভৈকসহস্রা গা দদ্যাৎ সুচরিত ব্রতঃ ॥ ১২৮
ত্র্যব্দং চরেদ্বা নিয়তো জটী ব্রহ্মহণো ব্রতম্।
বসন্ দূরতরে গ্রামাদ্ বৃক্ষমূলনিকেতনঃ ॥ ১২৯
এতদেব চরেদব্দং প্রায়শ্চিত্তং দ্বিজোত্তমঃ।
প্রমাপ্য বৈশ্যং বৃত্তস্থং দদ্যাচ্চৈকশতং গবাম্ ॥ ১৩০

---

সঙ্করীকরণ (গাধা, শগোল অমদি উৎনচিংবা হাৎপা) অমসুং অপাত্রী করণ ( ফত্তবা মফমগী দান লৌবা ) পাপ তৌরবদি থা অমা চান্দ্রায়ণ ব্রত তৌগনি অতুগা মলিনী-করণ-পাতক ( তীল-কাঁও হাৎপা ) ওইরবদি অহিং অহুমথক ( হুমিৎ হুমনি ) যবকী চবোন মহীদা কারকপা মপং অতু চাগনি ॥ ১২৬ ॥

লমচৎ ফজবা ক্ষেত্রিবু পূক্নিঙ্না নিঙ্না হাৎলুববদি ব্রাহ্মণ হাৎপগী শরূক মরিগী অমা হাযবদি চহি ৩ ব্রত তৌগনি ; অসিগুম্না বৈশ্য হাৎপগীনা শরুক ৮ গী অমা হায়বদি চহি ১½ ব্রত তৌগনি অতুগা মশাগী মনাৎ কায়জদবা শূদ্র হাৎপগীনা শরূক ১৬ থোকপগী অমা হায়বদি থা ৯ থক ব্রত তৌগনি ॥ ১২৭ ॥

ব্রাহ্মণনা করিগুম্বা খঙদবদগী ক্ষেত্রি হাৎলুবা থোক্লবদি সুচরিত-ব্রত ( আচার নিঙথিনা চৎপা ) চত্নুনা ব্রত লোইরকপদা মণ লাবা অমগা মণনী ১,০০০ গা ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌগনি ॥১২৮॥

নত্রগা পূক্নিঙ লাকশিন্দুনা খুংগঙ দগী য়াম্না থাপ্না উথোঙদা লৈহুনা, জটা পুহুনা চহি অহুম চুপ্না ব্রাহ্মণ হাৎপগী ব্রতহু তৌগনি ॥ ১২৯ ॥

খঙ দবদগী মশাগী মশিল কায়দনা চৎলিবা বৈশ্য হাৎলুবা

এতদেব ব্রতং কৃৎস্নং ষণ্মাসান্ শূদ্রহা চরেৎ ।
বৃষভৈকাদশা বাপি দদ্যাদ্বিপ্রায় গাঃ সিতাঃ ॥ ১৩১
মার্জ্জারনকুলৌ হত্বা চাষং মণ্ডুকমেব চ ।
শ্বগোধোলুককাকাংশ্চ শূদ্রহত্যাব্রতং চরেৎ ॥ ১৩২
পয়ঃ পিবেৎ ত্রিরাত্রং বা যোজনং বাধ্বনো ব্রজেৎ ।
উপস্পৃশেৎস্রবন্ত্যাং বা সুক্তং বাব্দৈবতং জপেৎ ॥ ১৩৩
অভ্রিং কার্ষ্ণায়সীং দদ্যাৎ সর্পং হত্বা দ্বিজোত্তমঃ ।
পলালভারকং ষণ্ঢে সৈসকঞ্চৈকমাষকম্ ॥ ১৩৪
ঘৃতকুম্ভং বরাহে তু তিলদ্রোণঞ্চ তিত্তিরৌ ।
শুকে দ্বিহায়নং বৎসং ক্রৌঞ্চং হত্বা ত্রিহায়নম্ ॥ ১৩৫

---

পোক্লবদি চহি অমা চুপ্পা ব্রাহ্মণ হাৎপগী প্রায়শ্চিত্ত তৌগনি নত্রগা ষণবী ১০০ দান তৌগনি ॥ ১৩০ ॥

পুক্লিঙ্‌দা হাৎকে হায়বা য়াওদনা শূদ্র হাৎলুরবদি অসুম তৌনা থা ৬ চুপ্পা ব্রাহ্মণ হাৎপগী প্রায়শ্চিত্ত তৌগনি, নত্রগা ষণবী ১০ গা ব্রাহ্মণদা দান তৌগনি ॥ ১৩১ ॥

খঙ্‌না খঙ্‌না হৌদোঙ্‌, খৈরোয়, নোংগৌবী, হঙোই, হূই, গোধা ( হংকোক ), মকু, কাক—মখোয় অসিগী অমবু হাৎলুরবদি শূদ্র হাৎপগা মান্নবা প্রায়শ্চিত্ত তৌগনি ॥ ১৩২ ॥

খঙ্‌দনা হৌদোঙ্‌নচিংবা হাৎলুরবদি হুমিৎ হুমনি শংগোম থক্কনা লেনগনি, মত্থু ঙমদ্রগনা অহিং অহুমদা যুথক অমা ( মাইল ৮ ) গী লম্বী চৎকনি, মত্থুসু ঙমত্রগা অহিং অহুম তুরেন্দা ঈরুজগনি, মত্থুমকসু ঙমত্রগা হুমিৎ হুমনি "আপোহিষ্ঠা" হায়বনচিংবা সূক্ত অত্থু জপ তৌগনি ॥ ১৩৩ ॥

লিন হাৎলুরবদি মতোন তুম্বা য়োৎকী চৈগু অমা ব্রাহ্মণদা দান তৌগনি অত্থুগা নপুংসক হাৎপগীনা চুহী নাপী কোকথোং অমগা মিশি মাষা অমগা দান তৌগনি ॥ ১৩৪ ॥

ওক হাৎলুরবদি ব্রাহ্মণদা ঘি চফূ অথনবা অমা দান তৌগনি ;

হত্বা হংসং বলাকাঞ্চ বকং বর্হিণমেব চ।
বানরং শ্যেনভাসৌ চ স্পর্শয়েদ্ব্রাহ্মণায় গাম্ ॥ ১৩৬
বাসো দদ্যাদ্ধয়ং হত্বা পঞ্চনীলান্ বৃষান্ গজম্।
অজমেষাবনড্বাহং খরং হত্বৈক হায়নম্ ॥ ১৩৭
ক্রব্যাদাংস্তু মৃগান্ হত্বা ধেনুং দদ্যাৎ পয়স্বিনীম্।
অক্রব্যাদান্ বৎসতরীমুষ্ট্রং হত্বা তু কৃষ্ণলম্ ॥ ১৩৮
জীনকার্ম্মুকবস্তাবীন্ পৃথগ্দদ্যাদ্বিশুদ্ধয়ে।
চতুর্ণামপি বর্ণানাং নারীর্হত্বানবস্থিতাঃ ॥ ১৩৯

---

উরেংকোম্বৌ হাৎপগীনা থোয়দিং আঢ়ক ৪ (মন ৮) দান তৌগনি ; তেনরা হাৎপগীনা চহি ২ গী ষন্নাউ অতুগ উবোক ( খরোই চাবী ) হাৎপগীনা চহি অহুমগী ষণ মচা অমা ব্রাহ্মণদা কৎকনি ॥ ১৩৫ ॥

কাংঙা, বলাকা ( অপীকপা উরোক মানবা উচেক অমা ), উরোক, রাহোং, য়োং, খ্রঙ্ অমসুং ভাস-পক্ষী (লাঙ্জা, উমাইবী, স্নেননচিংবা ) হাৎলুরবদি ব্রাহ্মণদা ষণবী অমা দান তৌগনি ॥১৩৬॥

শগোল হাৎলবদি ব্রাহ্মণদা ফি দান তৌগনি, শামু হাৎলগা ষণ লাবা অমুবী মঙাখক , হামেঙ্, য়াউ হাৎলুরগনা ষণ লাবা অমা অতুগা গাধা হাৎপগীনা চহি অমা ফারবা ষন্নাউ অমা ব্রাহ্মণদা দান তৌগনি ॥ ১৩৭ ॥

শাহিং চাবা কৈ-নচিংবা শা হাৎপনা মথোম শুম্বী ষণবী দান তৌগনি। শজিনচিংবা শা হাৎপনা ষন্নাউ অমোম মচা অমা দান তৌগনি অতুগা উট হাৎপগীদি সনা রতি অমা দান তৌগনি ॥১৩৮॥

ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ ৪ গী মীনা অওকপা-ওক্তবা অমদি অফবা-ফত্তবা নিপা জাৎ শুনা তিম্নবী অহুগুম্বী ওক্তবী নূপী ( লমশা ) বু হাৎলুরবদি ব্রাহ্মণনা ওইরগা শউনখাউ অমা, ক্ষেত্রিনা লীরুং, বৈশ্যনা হামেঙ অমসুং শূদ্রনা য়াউ দান তৌগনি ॥ ১৩৯ ॥

দানেন বধনির্ণেকং সর্পাদীনামশক্নুবন্ ।
একৈকশশ্চরেৎ কৃচ্ছ্রং দ্বিজঃ পাপাপনুত্তয়ে ॥ ১৪০
অস্থিমতান্তু সত্ত্বানাং সহস্রস্য প্রমাপণে ।
পূর্ণে চানস্যনস্থান্তু শূদ্রহত্যাব্রতং চরেৎ ॥ ১৪১
কিঞ্চিদেব তু বিপ্রায় দদ্যাদস্থিমতাং বধে ।
অনস্থ্নাঞ্চৈব হিংসায়াং প্রাণায়ামেন শুধ্যতি ॥ ১৪২
ফলদানান্তু বৃক্ষাণাং ছেদনে জপ্যমৃক্শতম্ ।
গুল্মবল্লীলতানাঞ্চ পুষ্পিতানাঞ্চ বীরুধাম্ ॥ ১৪৩

---

হায়খ্রিবসিগী মতুংইন্না লিন-নচিংবা জীব হাৎলুরগা দান তৌহনা পাপ কোকহজবা ঙমদ্রবা ব্রাহ্মণ অদুদি হায়খ্রিবা থরায় পানবশিং অসিগী অমমম হাৎলুবগীদমক প্রাজাপত্যব্রতনা প্রায়শ্চিত্ত ওইনা তৌগনি ( প্রাজাপত্য—নুমিৎ ১২ চুপ্পা তৌবা ব্রত মথল অমা ) ॥ ১৪০ ॥

শরু পানবা চুম অমদি নুমিৎ য়ুংবী চুমনচিংবা অপীকপা জীব ১,০০০ হাৎলুরবদি অদুগা শরু পান্দবা মা অমদি হীক-নচিংবা জীবশিংবু গাড়ী মপোৎ অমগী চাং হাৎলুরবদি ব্রাহ্মণনা—শূদ্র হাৎপগী হায়খ্রিবা প্রায়শ্চিত্ত অদু তৌগনি ॥ ১৪১ ॥

শরু পানবা চুম-নচিংবা অপীকপা জীব অমা হাৎলুববদি ব্রাহ্মণদা দান থরদং তৌরগা শেংগনি অদুগা শরু পান্দবা হিকুন-চিংবা হাৎপগীদি প্রাণায়াম তৌরগা শেংগনি ॥ ১৪২ ॥

হৈনৌ, য়ুবীনচিংবা মহৈ য়ানবা উপালশিং, উপাল মচা মচাশিং ( গুল্ম ), খোংহুম, তোর্বোৎনচিংবা মরী চৎপা জাৎ ( বল্লী ), লৈ শাৎপা উরী ( লতা ), মপান শাৎলিবা বীরুধ কোবা মরী য়াম্না শাংবা পান্দীগী জাৎ—মখোয় অসিবু ককথৎ-য়াম্বৎলবদি গায়ত্রি-নচিংবা ১০০ রক হন্না জপ তৌরগা শেংগনি ॥ ১৪৩ ॥

অন্নাদ্যজানাং সত্ত্বানাং রসজানাঞ্চ সর্ব্বশঃ।
ফলপুষ্পোদ্ভবানাঞ্চ ঘৃতপ্রাশো বিশোধনম্ ॥ ১৪৪
কৃষ্টজানা মোষধীনাং জাতানাঞ্চ স্বয়ংবনে।
বৃথালম্ভেঽনুগচ্ছেদ্গাং দিনমেকং পয়োব্রতঃ ॥ ১৪৫
এতৈর্ব্রতৈরপোহ্যং স্যাদেনো হিংসাসমুদ্ভবম্।
জ্ঞানাজ্ঞানকৃতং কৃৎস্নং শৃণুতানাদ্যভক্ষণে ॥ ১৪৬
অজ্ঞানাদ্বারুণীং পীত্বা সংস্কারেণৈব শুধ্যতি।
মতিপূর্ব্বমনির্দ্দেশ্যং প্রাণান্তিকমিতি স্থিতিঃ ॥ ১৪৭

---

চাক্কুগী পোকপা, চুহী চিনিনচিংবদগী ওনবা, উহৈ-ম্নাহৈদগী পোকপা, নত্রগা লৈকাদা চঙ্বা তীলনচিংবা থন্নায় পানবা হাংপগীনা ঘি চাবনা প্রায়শ্চিত্তনি খঙ্গনি ॥ ১৪৪ ॥

লৈপাক খোইদোক্লবদা হৌরকপা হীদাক-কান্নবা পাম্বী, লমলক্তা মথন্তা হৌবকপা রাইস্ম চবানচিংবা পাম্বী (নীবার) অসিগুম্বা কান্নবা নাপী-শীংবীবু মরম লৈতনা যাম্থোক-ফোয়দোক তৌরুরবদি মতুগী পাপ কোক্লবা শংগোম থক্তুনা নোংমা লেপ্লগা মণগী মতুং ইনগনি ॥ ১৪৫ ॥

অসিগুম্বা ব্রতশিং অসি তৌহনা খঙ্না অমদি খঙ্দনা তৌবা জীব হিংসাগী পাপ কোক্লগনি। হুক্লীক্তি চাহৈদবা পোৎ চারুবগী দোষ কোক্লবা প্রাযশ্চিত্ত হায়রগে তাবীয়ু ॥ ১৪৬ ॥

খঙ্দনা চুহী অমদি খোইহীনচিংবদগী শেম্বা য়ু থক্লুরবদি ব্রাহ্মণনা তপ্তকৃচ্ছ্র ব্রত ( ঘি, শংগোম অমসুং ঈশিং অশাবা থক্তুনা হুমিং হুমনি তৌবা ব্রত) তৌরবা মতুংদা অমুক হন্না উপনয়ন সংস্কার ( নগুন থাংবগী থবক ) তৌরগা শেংগনি; খঙ্না খঙ্না পূক-য়ু থক্লুরবদি শিবা য়াবা প্রায়শ্চিত্ত মতৌ তৌগনি, মসিগী ব্যবস্থাদি লেপ্পা ওমদে ॥ ১৪৭ ॥

অপঃ সুরাভাজনস্থা মদ্যভাণ্ডস্থিতাস্তথা।
পঞ্চরাত্রং পিবেৎ পীত্বা শঙ্খপুষ্পীশ্রিতং পয়ঃ ॥ ১৪৮
স্পৃষ্ট্বা দত্ত্বা চ মদিরাং বিধিবৎ প্রতিগৃহ্য চ।
শূদ্রোচ্ছিষ্টাশ্চ পীত্বাপঃ কুশবারি পিবেৎ ত্র্যহম্ ॥ ১৪৯
ব্রাহ্মণস্তু সুরাপস্য গন্ধমাঘ্রায় সোমপঃ।
প্রাণানপ্সু ত্রিরাচম্য ঘৃতং প্রাশ্য বিশুধ্যতি ॥ ১৫০
অজ্ঞানাৎ প্রাশ্য বিণ্মূত্রং সুরাসংস্পৃষ্টমেব চ।
পুনঃ সংস্কারমর্হন্তি ত্রয়ো বর্ণা দ্বিজাতয়ঃ ॥ ১৫১
বপনং মেখলা দণ্ডো ভৈক্ষ্যচর্য্যা ব্রতানি চ।
নিবর্ত্তন্তে দ্বিজাতীনাং পুনঃ সংস্কারকর্ম্মণি ॥ ১৫২

---

য়ু থক্নাংদা হাপ্পা ঈশিং নত্রগা অতোপ্পা ময়াই কাবা পোৎ হাপ্পা পাত্রদা য়াওবা ঈশিং অহু থকলুরবদি 'শঙ্খপুষপ' কৌবা হিদাক ( ডানকুণীবৃক্ষ—ভূতপ্রেত চঙ্বা ফবা, নিঙ্শিংবগী শক্তি ছেনগৎহনবা ) য়ানশিল্লগা হুমিৎ মঙানি ( পঞ্চরাত্র ) শংগোম থক্কনি ॥ ১৪৮ ॥

য়ু শোক্লবা, য়ু-দান তৌরুবা অমদি স্বস্তিবাচন ( অফবা থবক অমা তৌরমদাইদা থীবা মন্ত্র মখল অমা ) তৌহুনা হৌনবী নিয়ম মতুংইন্না য়ু দান লৌবা ( প্রতিগ্রহ ) অমদি শূদ্রনা থকপা ঈশিং থকথাক অহু থক্লবা অহু ওইরবদি পাপ অহু কোক্লনবগীদমক কুশ তিংবা ঈশিং হুমিৎ হুমনি থক্কনি ॥ ১৪৯ ॥

ব্রাহ্মণনা য়ুথকপা মীগী মচীন্দগী য়ুনম নমলুরবদি ঈশিং মন্থুংদা ( ময়ায়দা ) লৈহুনা ( কৃমহুনা ) প্রাণায়াম অহুমলক তৌহুনা ঘি চারগা শেংগনি ॥ ১৫০ ॥

খঙদবদগী মীগী মথী-মযুং অমদি য়ু-গা শন্নবা পোৎ চারুথক্লরবদি ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ অহুম্মক অমুক হন্না নওুন থাংবগী সংস্কার অহু তৌগনি ॥ ১৫১ ॥

প্রায়শ্চিত্ত ওইনা অমুক হন্না নওুন থাংবগী থবক অসিদা, মরু

অভোজ্যানান্তু ভুক্ত্বান্নং স্ত্রীশূদ্রোচ্ছিষ্টমেব চ।
জগ্ধ্বা মাংসমভক্ষ্যঞ্চ সপ্তরাত্রং যবান্ পিবেৎ ॥ ১৫৩
শুক্তানি চ কষায়াংশ্চ পীত্বামেধ্যান্যপি দ্বিজঃ।
তাবদ্ভবত্যপ্রযতো যাবৎ তন্ন ব্রজত্যধঃ॥ ১৫৪
বিড়্বরাহখরোষ্ট্রানাং গোমায়োঃ কপিকাকয়োঃ।
প্রাশ্যমূত্রপুরীষাণি দ্বিজশ্চান্দ্রায়ণং চরেৎ ॥ ১৫৫
শুষ্কাণি ভুক্ত্বা মাংসানি ভৌমানি কবকানি চ।
অজ্ঞাতঞ্চৈব সূনাস্থমেতদেব ব্রতং চরেৎ ॥ ১৫৬

---

কোকথোক্পা মেখলা ( খ্বাঙ্লাক ) অমসুং চৈশু পায়বা, ভিক্ষা চৎপা, খোইহী অমদি শা-ঙা চাদবা অসিনচিংবদি করিসু তৌগদবা লৈতে ॥ ১৫২ ॥

মখোয়গী চাক-তি চারুফদে হায়না থিংলিবা অতুগুম্বা মীশিং অতুগী চাক চাকবা থোক্লবদি, নূপী অমদি শূদ্রগী লুখাক চারুরবদি অমসুং চাহৈদবা শা-ঙা চাকরবদি মতুগী পাপ কোক্লবগীদমক্তা হুমিং তবেৎনি অহিং নুংথিল অনিমক্তা যব-মকূপ ( য়াম ) ফুৎলগা থক্কনি ॥ ১৫৩ ॥

মশানা অথূম্বা মহাউদি চেল্লগা মমৈদনা অশীনবা ওল্লকপা অতুগুম্বা পোৎপু শুক্ত ( ওল্লবা ) হাযনা কৌই। অসিগুম্বা অথূম্ব-দগী ওল্লকপা অশীনবা অমসুং শেংদবা ( অপবিত্র ) অফকপা মহী থক্লুববদি মতুনা তুমখিদ্রিবমথৈদি দ্বিজশিংগী মশা অতু শেংদে হায়-বদি মাংই ( লাই-তৌনগী থবক তৌবা য়াদে )॥ ১৫৪ ॥

লমওক, গাধা, উট, লমহূই, য়োং, নত্রগা কাক-কী মথী নত্রগা মযুং চারুববদি চান্দ্রায়ণ তৌগদবনি ॥ ১৫৫ ॥

অকংবা অথুইবা শা-ঙা, লৈপাক অমদি উগা শৌবা উয়েন-নচিংবা অমদি শজিগী মশারা গাধাগীরা খঙদবা শদূম—অসিগুম্বা অশেং-শেংদ খুঙদবদগী চিংনরবা শা অতুগা শা-ঙা শেমতনা য়োনবা

ক্রব্যাদশূকরোষ্ট্রাণাং কুক্কুটানাঞ্চ ভক্ষণে।
নরকাকখরাণাঞ্চ তপ্তকৃচ্ছ্রং বিশোধনম্ ॥ ১৫৭
মাসিকান্নন্তু যোঽশ্নীয়াদসমাবর্ত্তকো দ্বিজঃ।
স ত্রীণ্যহান্যুপবসেদেকাহঞ্চোদকে বসেৎ ॥ ১৫৮
ব্রহ্মচারী তু যোঽশ্নীয়ান্মধু মাংসং কথঞ্চন।
স কৃত্বা প্রাকৃতং কৃচ্ছ্রং ব্রতশেষং সমাপয়েৎ। ১৫৯
বিড়াল কাকাখুচ্ছিষ্টং জগ্ধ্বা শ্বনকুলস্য চ।
কেশকীটাবপন্নঞ্চ পিবেদ্ ব্রহ্মসুবর্চ্চলাম্ ॥ ১৬০
অভোজ্যমন্নং নাত্তব্যমাত্মনঃ শুদ্ধিমিচ্ছতা।
অজ্ঞানভুক্তন্তূত্তার্য্যং শোধ্যংবাপ্যাশু শোধনৈঃ। ১৬১

---

তুকান্দগী পুরকপা শা অসিনচিংবা চারবদি চান্দ্রায়ণ-ব্রত তৌগদবনি ॥ ১৫৬ ॥

শাহিং চাবা শা-উচেক, লমওক, উট, লময়েন, মী, কাক অমসুং গাধা মখোয় অসিগী মশা চারুরবদি তপ্তকৃচ্ছ্র প্রায়শ্চিত্ত তৌগদবনি ॥ ১৫৭ ॥

ব্রহ্মচারীনা মাসিক শ্রাদ্ধ (থা খূদিঙ্গী শোনবা শ্রাদ্ধ) গী চাক চারুরবদি মহাক অহু মুমিং হুমনি চরা হেনগনি অহুগা মহুগী মরক্কী নোংমদি ঈশিংদদা লৈগদবনি ॥ ১৫৮ ॥

কনাগুম্বা ব্রত তৌরিবা মীনা করিগুম্বা খোইহী নত্রগা শা চারুবা থোক্লবদি অহানবদা প্রাজাপত্যব্রত তৌথোক্লগা হৌগৎলুরবা মাগী হান্নগী ব্রত অত্ত লোইশিনগদবনি ॥ ১৫৯ ॥

হৌদোঙ, কাক, উচি, হুই অমসুং খৈরোয়গী লুথাক চারুরবদি অহুগা শম অমসুং তীল য়াওবা চাক-ঈনশাংনচিংবা চারুরবদি "ব্রহ্মসুবর্চ্চলা" (ব্রাহ্মী-পেরুক) হায়না কৌবা হিদাক অহু ফুৎলগা মহী থক্কদবনি ॥ ১৬০ ॥

মশা শেংনা লৈনিঙবা মীনা কৈদৌউভেদসু চাবা য়াদে হায়না থিংলিবা অহুগুম্বা (চাহৈদবা, চাবদা ফত্তবা) চাক চারোইদবনি,

এষোঽনাদ্যাদনস্যোক্তো ব্রতানাং বিবিধো বিধিঃ।
স্তেয়দোষাপহর্তৃণাং ব্রতানাং শ্রূয়তাং বিধিঃ ॥ ১৬২
ধান্যান্নধনচৌর্য্যাণি কৃত্বা কামাদ্দ্বিজোত্তমঃ।
স্বজাতীয়গৃহাদেব কৃচ্ছ্রাব্দেন বিশুধ্যতি ॥ ১৬৩
মনুষ্যাণান্তু হরণে স্ত্রীণাং ক্ষেত্রগৃহস্য চ।
কূপবাপীজলানাঞ্চ শুদ্ধিশ্চান্দ্রায়ণং স্মৃতম্ ॥ ১৬৪
দ্রব্যাণামল্পসারাণাং স্তেয়ং কৃত্বান্যবেশ্মতঃ।
চরেৎ সান্তপনং কৃচ্ছ্রং তন্নির্যাত্যাত্মশুদ্ধয়ে। ১৬৫
ভক্ষ্যভোজ্যাপহরণে যানশয্যাসনস্য চ।
পুষ্পমূলফলানাঞ্চ পঞ্চগব্যং বিশোধনম্ । ১৬৬

---

খঙ্‌বদগী করিগুম্বা চাশিল্লুববদি চাক অদু খূদক্তা ওথোকখিগদবনি, অদুম তৌরবদি মথক্তা হায়বিবা প্রায়শ্চিত্ত অসি তৌরগা পাপ কোক্কনি ; ওথোকখিবা অদুগীদমকস্তু প্রায়শ্চিত্ত মচা অমদি তৌগদবনি। (পাপ=ফত্তবা, প্রাযশ্চিত্ত=ফত্তবা কোক্কবা তৌবা) ॥১৬১॥

চাহৈদবা চাবগী প্রায়শ্চিত্ত-বিধি পুন্নমক হাযরবসিনি, হুজীক হুরান-চীস্থী তৌবগী প্রায়শ্চিত্ত বিধি অমুক হায়রি—তাবীয়ু ॥১৬২॥

ব্রাহ্মণনা তৌগে হায়বা য়াওনা ( নিঙ্‌হুনা ) জাতি তিন্নবা মাগী ময়ুমদগী ফৌ অমদি চেঙ্‌-চাকনচিংবা হুরাল্লবদি চহি অমা চুপ্পা প্রাজাপত্য ব্রত তৌরগা শেংগনি ॥ ১৬৩ ॥

নিপা, নুপী, লৌফম, য়ুম, কুহ অমদি পুখ্রীগী ঈশিং হুবাল্লবদি চান্দ্রায়ণ প্রায়শ্চিত্ত তৌগনি ॥ ১৬৪ ॥

মীগী ময়ুমদগী মমল য়ামদবা নত্রগা খরদংত মকান্নবা পোৎ হুরাল্লুরবদি মশা শেংনবগীদমক পোৎ অদু মপুদা হনবীগ্রগা "সান্তপন" ( যম্বা, যণয়ুং, শংগোম অনৌবা, অফম্বা, ঘি অমদুং কুশগী ঈশিং পোৎলম ৬ অসি মথং মথং পুমিৎ ৬ান চারগা ৭নি শুবদা চরা হেনহুনা তৌবা ব্রত মখল অমা ) ব্রত তৌগনি ॥ ১৬৫ ॥

অথুম-অহাউ, তল, শংগোম-ক্ষীরনচিংবা অচাপোৎ, গাড়ীন-

তৃণকাষ্ঠদ্রুমাণাঞ্চ শুষ্কান্নস্য গুড়স্য চ।
চেলচর্ম্মামিষাণাঞ্চ ত্রিরাত্রং স্যাদভোজনম্॥ ১৬৭
মণিমুক্তাপ্রবালানাং তাম্রস্য রজতস্য চ।
অয়ঃকাংস্যোপলানাঞ্চ দ্বাদশাহং কণান্নতা॥ ১৬৮
কার্পাসকীটজোর্ণানাং দ্বিশফৈকশফস্য চ।
পক্ষিগন্ধৌষধীনাঞ্চ রজ্জ্বাশ্চৈব ত্র্যহং পয়ঃ॥ ১৬৯
এতৈর্ব্রতৈরপোহেত পাপং স্তেয়কৃতং দ্বিজঃ।
অগম্যাগমনীয়ন্তু ব্রতৈরেভিরপানুদেৎ॥ ১৭০

---

চিংবা তোংনবা পোৎ, ফম্মুং, আসন, লৈ, আলু-মংগ্রানচিংবা লৈহুংদা তাবা পোৎ অমসুং উহৈ-রাহৈ—মখোয় অসি হুরাল্লবদি পঞ্চগব্য ( ষণগী মশাদগী থোকপা পোৎলম মডা হাযবদি ষস্থী, ষণয়ুং, শংগোম অনৌবা-অফম্বা অমসুং ঘি ) থক্লগা শেংগনি॥ ১৬৬॥

নাপী, শীং ( উ অকংবা ), উ, চাক অকংবা ( চেঙ্ পাক্লচিংবা ) চুহী-চিনি, ফি, শউন অমসুং অশেম্বা শা হুববদি হুমিৎ হুমনি চরা হেনগনি॥ ১৬৭॥

মণি-মুক্তা, পোহাল, কোরী, লুপা, যোৎ, শেঞ্চেং অমদি নুং—মখোয় অসিগী মবক্তা অমবু হুবাল্লবদি হুমিৎ ১২ নি চেঙ্ কুপ চাহুনা লেনগদবনি॥ ১৬৮॥

লশিং, মুগা-ফি, শামতু-বম্বল, খূজীন অনি খায়দোকপা অমদি খায়দোক্তবা লোঙ্ খুম পানবা ষণ অমদি শগোলনচিংবা শা, উচেক, মনম নাইবা পোৎ, হিদাক অমসুং থৌবী হুরাল্লবদি হুমিৎ হুমনি শংগোমতমক থক্তূনা প্রায়শ্চিত্ত তৌগনি॥ ১৬৯॥

দ্বিজশিংনা অসিগুম্বা ব্রতশিং অসি তৌহুনা হুরানবগী পাপ কোকহনগনি, অদুগা অগম্যাগমন ( য়েংহৈদবী নুপী য়েংবা ) গী পাপক্তি মখাগী ব্রত অসিনা কোকনি॥ ১৭০॥

গুরুতল্পব্রতং কুর্য্যাদ্রেতঃ সিক্ত্বা স্বযোনিষু।
সখ্যুঃ পুত্রস্য চ স্ত্রীষু কুমারীম্বন্ত্যজাসু চ॥ ১৭১
পিতৃষ্বস্রেয়ীং ভগিনীং স্বস্রীয়াং মাতুরেব চ।
মাতুশ্চ ভ্রাতুস্তনয়াং গত্বা চান্দ্রায়ণং চরেৎ॥ ১৭২
এতাস্তিস্রস্তু ভার্য্যার্থে নোপযচ্ছেত্তু বুদ্ধিমান্।
জ্ঞাতিত্বেনানুপেয়াস্তাঃ পততি হ্যুপয়ন্নধঃ॥ ১৭৩
অমানুষীষু পুরুষ উদক্যায়ামযোনিষু।
রেতঃ সিক্ত্বা জলে চৈব কৃচ্ছ্রং সান্তপনং চরেৎ॥ ১৭৪
মৈথুনন্তু সমাসেব্য পুংসি যোষিতি বা দ্বিজঃ।
গোযানেঽপ্সু দিবা চৈব সবাসাঃ স্নানমাচরেৎ॥ ১৭৫

---

পোকমিন্নবী মচল, মরূপকী নূপী, মচাগী মমৌ, চহি ১২ তা ওয়রিবী নূপী মচা অমসুং চণ্ডালনুবীদা বীর্য্য তাহল্লুরবদি, গুরুগী নূপী হল্লাল্লুবগী প্রায়শ্চিত্ত অহু তৌগনি॥ ১৭১॥

মথুড়ানা পোকপী মচল, মমাগা পোকমিন্নবী মন্দোনগী মচানূপী (মচল) অহুগা মামগী মচানূপী (মচল)—মচল অহুম অসিদা হল্লাল্লুরবদি চান্দ্রায়ণ ব্রত তৌগনি। হায়রিবা প্রায়শ্চিত্ত অসিদি মশানস্থ হান্না ওক্রমত্রবীদা থঙ দবদগী অমুক্তং য়েংল্লুবগীদমক্তনি॥ ১৭২॥

লৌশিং শিংবা মীনা মথকী মচল অহুম অসিবু কৈদোঙৈদসু মশাগী নূপী ওইনা লৌবা হৌনদে, শাগৈ-নাতৈনচিংবা থোঁক্লবনা মখোয় অসিদি য়েংহৈদে, য়েংলূরবসু নরক তাই॥ ১৭৩॥

শা-শলদা, থাগী লৈ শাংলিবী নূপীদা, নূপীগী অথীবম নত্তনা অতোপ্পা মফমদা অমদি ঈশিংদা বীর্য্য তাহল্লবদি 'সান্তপন" ব্রত তৌগদবনি॥ ১৭৪॥

যণগাড়ীদা নত্রগা ঈশিংদা, অয়ুক নত্রগা হুংশিন্দা নূপীদা ওইরবসু নিপাদা ওইরবসু লৈপুন ওইনরুরবদি মহুদা শেংলু-ইরুবা কি অহু হুমথোক্তুনা থুদক্লা ঈরুজথোকদবনি॥ ১৭৫॥

চাণ্ডালান্ত্যস্ত্রিয়ো গত্বা ভুক্ত্বা চ প্রতিগৃহ্য চ।
পতত্যজ্ঞানতো বিপ্রো জ্ঞানাৎ সাম্যন্তু গচ্ছতি ॥ ১৭৬
বিপ্রদুষ্টাং স্ত্রিয়ং ভর্ত্তা নিরুন্ধ্যাদেক বেশ্মনি।
যৎ পুংসঃ পরদারেষু তচ্চৈনাং চারয়েদ্‌ব্রতম্‌ ॥ ১৭৭
সা চেৎ পুনঃ প্রদুষ্যেত্তু সদৃশেনোপমন্ত্রিতা।
কৃচ্ছ্রং চান্দ্রায়ণঞ্চৈব তদস্যাঃ পাবনং স্মৃতম্‌। ১৭৮
যৎ করোত্যেকরাত্রেণ বৃষলীসেবনাদ্দ্বিজঃ।
তদ্ভৈক্ষ্যভুগ্‌ জপন্নিত্যং ত্রিভির্বর্ষৈর্ব্যপোহতি ॥ ১৭৯
এষা পাপকৃতামুক্তা চতুর্ণামপি নিষ্কৃতিঃ।
পতিতৈঃ সম্প্রযুক্তানামিমাঃ শৃণুত নিষ্কৃতীঃ ॥ ১৮০

---

খঙদত্থনা ব্রাহ্মণনা চণ্ডালনচিংবা অতোনবা জাতিগী নুপীদা লৈপুন ওইরুরবদি, নত্রগা হন্না হন্না মথোয়গী চাক চারুরবদি নত্রগা মথোয়দগী হন্না হন্না দান লৌরুরবদি পতিত ওইরে ( জাত তারে ), অদুগা অসি পূন্নমক খঙ্‌না খঙ্‌না তৌরুরবদি মহাক অদু চণ্ডাল অদুম্মক ওইরে ॥ ১৭৬ ॥

মরমচৎ ওক্ত্রবী নুপীদি মপুরোয়বনা যুম্বানবী নুপীগী তৌফম থোকপা মথৌ অমত্তা তৌহন্দনা কা অমদা ফাজিন্দুনা থমগনি অদুগা মীগী নুপী হল্লাল্লুবা নিপাদা তৌবা হোনবা প্রায়শ্চিত্ত অদু নুপী অদুবুসু তৌহনগনি ॥ ১৭৭ ॥

প্রায়শ্চিত্ত তৌরবমক্তদসু নুপী অদুনা জাতিদি তিন্নবা অতোপ্পা নিপাগা অমুক হন্না ওক্ত শাজৎ চৎলম্বা থোক্রবদি নুপী অদুবু প্রাজাপত্য অমসুং চান্দ্রায়ণ অনিমক তূনা তৌহল্লগা শেংগনি ॥ ১৭৮ ॥

ব্রাহ্মণনা অহিং অমত্তং চণ্ডাল নিঙোলদা হল্লাম্লুরবদি মহুগী পাপ অদু ভিক্ষা নিদুনা চারগা চহি অহুম চুপ্পা হুমিৎ খুদিঙ্‌গী ঙৈলিংদা কুমথহুনা গায়ত্রিনচিংবা জপ তৌরবদি মাগী পাপ অদু মাঙ্‌ই ॥ ১৭৯ ॥

হিংবা তৌবা, চাইরেনবা চাবা, হুরানবা, মেৎইবা মেবা—

সংবৎসরেণ পততি পতিতেন সহাচরন্।
যাজনাধ্যাপনাদ্‌যৌনান্ন তু যানাসনাশনাৎ ॥ ১৮১
যো যেন পতিতেনৈষাং সংসর্গং যাতি মানবঃ।
স তস্যৈব ব্রতং কুর্য্যাৎ তৎসংসর্গবিশুদ্ধয়ে ॥ ১৮২
পতিতস্যোদকং কার্য্যং সপিণ্ডৈর্বান্ধবৈর্বহিঃ।
নিন্দিতেঽহনি সায়াহ্নে জ্ঞাত্যৃত্বিগ্‌গুরুসন্নিধৌ ॥ ১৮৩
দাসী ঘটমপাং পূর্ণং পর্য্যস্যেৎ প্রেতবৎ পদা।
অহোরাত্রমুপাসীরন্নশৌচং বান্ধবৈঃ সহ ॥ ১৮৪

---

পাপ মথল মরি অসিগী প্রায়শ্চিত্ত হায়রিবদিনি, হজীক অমুক পতিত সংসর্গগী ( জাত তারবা মীগা তিন্ন-তোংনরুবগী ) প্রায়শ্চিত্ত হায়গে ভাবীরো ॥ ১৮০ ॥

জাং তারবা মীগা লোয়ননা চহি অমা চুপ্পা গাড়ী অমত্তদা তোংমিন্নবা, কম্ফম অমত্তদা ফম্মিন্নবা, পরেং অমত্তদা চামিন-থক-মিন্নবা তৌতুনা তিন্ন-তোংনববদি মী অতুসু পতিত ওইগনি ; মসি নত্তবা খূদক্তা হেক্তমক জাত মাঙ্‌বা থবকশিংদি—পতিত ওইবা মীবু যজমান চাবা ( পুরোহিতকী থবক তৌবা ), বেদ তম্বীরুবা অমদি অতুগুম্বী নুপীগা শন্নরুবা অসিনি ॥ ১৮১ ॥

কনাগুম্বা পাপী অমগা তিন্ন-তোংনরুবা মী অতুদি পাপী অহনা মাগী পাপকী মতুংইন্না তৌকম থোকপা প্রায়শ্চিত্ত অতুমক মহাকস্তু তৌরগা পাপী শন্নরুবগী পাপ অতু কোক্তুনা মশা শেংগনি ॥ ১৮২ ॥

মহাপাতক তৌবা মীদি মশা হিংলিভৈমক্তদা মাগী শাগৈ-নাতৈনচিংবনা খুংগঙ্‌গী মপান থোক্তুনা নবম্নি (মাপম্নি পানবা) গুম্বা লোথৎনত্রবা তিথিদা শাগৈগী পুরোহিত অমসুং গুরু য়াওনা সুমি-দাংরাইরমদা মাগীদমক প্রেতোদকক্রিয়া ( শিরগা তৌবা হৌনবা থবক ) তৌগনি ॥ ১৮৩ ॥

সপিণ্ড, সমানোদক ( শাগৈ-নাতৈ ) শিংনা থৌদাতুনা মীনাই-সুবী অমবু প্রেতকার্য্যগুম্বা মমায় মথা ওলহন্দুনা ঈশিং চফু অমবু

নিবর্ত্তেরংশ্চ তস্মাত্তু সম্ভাষণসহাসনে।
দায়াদ্যস্য প্রদানঞ্চ যাত্রা চৈব হি লৌকিকী ॥ ১৮৫
জ্যেষ্ঠতা চ নিবর্ত্তেত জ্যেষ্ঠাবাপ্যঞ্চ যদ্ধনম্।
জ্যেষ্ঠাংশং প্রাপ্নুয়াচ্চাস্য যবীয়ান্ গুণতোঽধিকঃ ॥১৮৬
প্রায়শ্চিত্তে তু চরিতে পূর্ণকুম্ভমপাং নবম্।
তেনৈব সার্দ্ধং প্রাস্যেয়ুঃ স্নাত্বা পুণ্যে জলাশয়ে ॥ ১৮৭
স ত্বপ্সু তং ঘটং প্রাস্য প্রবিশ্য ভবনং স্বকম্।
সর্ব্বাণি জ্ঞাতিকার্য্যাণি যথাপূর্ব্বং সমাচরেৎ ॥ ১৮৮

---

মখোঙ্ মা কাওহনা হৈদোকহনগনি অতুগী তুংদা শাগৈ-নাতৈ মখৈনা অহিং অয়গা দুংথিল অমগদং য়ুম্মাংবগী থবক তৌগনি ॥ ১৮৪ ॥

মতম অসিদগী হৌহনা শাগৈ-নাতৈশিংনা জাৎ তাপ্রবা মী অদুগা কৌন-ঙাঙ্নবা, ফম্মিন-থোৎমিন্নবা, লন-থুম য়েন্নবদা মাগী শরুক থুংবা অমদি মীগী হৌনবী লোনচৎ-শাজৎ করি অমত্তা তৌনরোইদবনি ॥ ১৮৫ ॥

অহলনি হায়রহনা মাবু উরগা ফম্ফমদগী হৌগৎপা, খুরুম-খাজঙ্বনচিংবা তৌবা অসি পূম্নমক মঙোন্দদি অমত্তা তৌফদে, মচা অহলগী থুংবা হৌনবা শেল-থুম শরুক থুংকদে. মগুণ চেনবা মীওই ওইরবদি মনাউ অতোপ্পনচিংবনা ময়াম্বা অহলগী শরুক অদু ফংগনি ॥ ১৮৬ ॥

জাৎ তারবা মীনা শাস্ত্রনা হায়বা মতুংইন্না প্রায়শ্চিত্ত তৌরবদি শাগৈ-নাতৈ-মখৈনা মহাক্কা লোয়ননা অশেংবা ঈশিং লৈফম অমদা ঈরুমিন্নরগা চফু অহনবা অমা ঈশিং থন্না হাপ্লগা মহু ঈশিংদা লংথরিগনি ॥ ১৮৭ ॥

অস্নুম্না প্রায়শ্চিত্ত তৌরবা জাৎ তাবা মী অদুনা ঙায়রিবা ঈশিং চফু অদু ঈশিংদা লংথরগা ময়ুমদা চঙ্লনা শাগৈ-নাতৈ ঙাই-শেলনচিংবা মরূপ-মপাংশিংগা লোয়ননা চামিন-থকমিন্নবন-চিংবা তৌমিন্নরুগনি ॥ ১৮৮ ॥

এতমেব বিধিং কুর্য্যাদ্‌যোষিৎসু পতিতাস্বপি।
বস্ত্রান্নপানং দেয়ন্তু বসেয়ুশ্চ গৃহান্তিকে॥ ১৮৯
এনস্বিভিরনির্ণিক্তৈর্নার্থং কিঞ্চিৎ সহাচরেৎ।
কৃতনির্ণেজনাংশ্চৈব ন জুগুপ্সেত কর্হিচিৎ॥ ১৯০
বালঘ্নাংশ্চ কৃতঘ্নাংশ্চ বিশুদ্ধানপি ধর্ম্মতঃ।
শরণাগতহন্তৄংশ্চ স্ত্রীহন্তৄংশ্চ ন সংবসেৎ॥ ১৯১
যেষাং দ্বিজানাং সাবিত্রী নানূচ্যেত যথাবিধি।
তাংশ্চারয়িত্বা ত্রীন্ কৃচ্ছ্রান্ যথাবিধ্যুপনায়য়েৎ॥ ১৯২
প্রায়শ্চিত্তং চিকীর্ষন্তি বিকর্ম্মস্থাস্তু যে দ্বিজাঃ।
ব্রাহ্মণা চ পরিত্যক্তাস্তেষামপ্যেতদাদিশেৎ॥ ১৯৩

---

জাং তাবী নূপীগীসু জাং তাবা নিপাগী প্রায়শ্চিত্ত অসুম্না তৌগনি; অতুমদি ওইরগা জাং তাবা নিপাদি ফি অমদি চাক-থক্লবা পীরোই—নূপীগীদি মতু পীগনি অমসুং যুম মনাক্তা য়াগী লৈকম পীবিগনি॥ ১৮৯॥

প্রায়শ্চিত্ত তৌত্রিবা পাপীশিং অতুগদি কৈদৌঙৈদসু পীথোক-পীশিন তৌনরোইদবনি॥ ১৯০॥

অঙাং হাৎপা, তৌবীমল খঙদবা চঙ্জরক্লবা মী হাৎপা অমসুং নূপী হাৎপা—মথোয় অসি ধর্ম্মগী মতুংইন্না প্রায়শ্চিত্ত তৌহনা শেংলবসু মথোয়গা তিন্ন তোংনবদি থক তৌরোই-দবনি॥ ১৯১॥

মতম হেল্লবা ফাওবা শাস্ত্রগী মতুংইন্না উপনয়ন (নগুণ থাংবা) তৌত্রবা দ্বিজ অতুদি প্রাজাপত্য অহুমলক তৌহল্লগা হৌনবী মতুং ইন্না নগুণ থাংবীগদবনি॥ ১৯২॥

তৌহৈদে হায়না থিংলিবা শূদ্রগী সেবা তৌবা মী অমদি নগুণ থাংলবমক্তদা বেদ তমত্রবা অতুগুম্বা মীনা প্রায়শ্চিত্ত তৌনিঙলবদি মথোয় অদুবুসু প্রাজাপত্য অহুম তৌনমবা তাকপিগনি॥ ১৯৩॥

যদ্গর্হিতেনার্জ্জয়ন্তি কর্ম্মণা ব্রাহ্মণা ধনম্ ।
তস্যোৎসর্গেণ শুধ্যন্তি জপ্যেন তপসৈব চ ॥ ১৯৪
জপিত্বা ত্রীণি সাবিত্র্যাঃ সহস্রাণি সমাহিতঃ ।
মাসং গোষ্ঠে পয়ঃ পীত্বা মুচ্যতেঽসৎ প্রতিগ্রহাৎ ॥১৯৫
উপবাসকৃশং তন্তু গোব্রজাৎ পুনরাগতম্ ।
প্রণতং পরিপৃচ্ছেয়ুঃ সাম্যং সৌম্যেচ্ছসীতি কিম্ ॥ ১৯৬
সত্যমুক্ত্বা তু বিপ্রেষু বিকিরেদ্ যবসং গবাম্ ।
গোভিঃ প্রবর্ত্তিতে তীর্থে কুর্য্যুস্তস্য পরিগ্রহম্ ॥ ১৯৭
ব্রাত্যানাং যাজনং কৃত্বা পরেষামন্ত্যকর্ম্ম চ ।
অভিচারমহীনঞ্চ ত্রিভিঃ কৃচ্ছ্রৈর্ব্যপোহতি ॥ ১৯৮

---

ব্রাহ্মণশিংনা তুক্কনবা থবক তৌদুনা শেল তাল্লুরবদি শেল অদু লোইনবা দান তৌথোকখ্রগা মথাদা হায়রিবা অসুম্মা জপ অমসুং তপস্যা তৌরগা শেংগনি ॥ ১৯৪ ॥

পূক্নিঙ্ চঙ্না গায়ত্রি ৩,০০০ লক জপ তৌরগা শংগোম অনৌবা থক্কূনা থা অমা চুপ্পা যণগোন্দা লৈরগা ফত্তবা দাননচিংবা লৌশিল্লুবগী পাপ কোক্কনি ॥ ১৯৫ ॥

অসুম তৌনা থা অমা শংগোমতা থকপদগী ময়াঙ্ কংশিল্ল-বদা অদুগুম্বা চন্না হেনবদগী ময়াঙ্ কংশিল্লবা ব্রাহ্মণ অদুনা যণ-গোন্দগী হল্লক্লগা মাগী শাগৈশিংবু খুরুম্লগনি। শাগৈশিংনা মতম অদুদা হংগনি—"হে ব্রাহ্মণ! নহাক্না ঐখোয়গা চপ মান্নবা ব্যবহার পাম্বরা, অমুক হন্না ফত্তবা দান লৌররোইদ্রা?" ॥ ১৯৬ ॥

মতম অদুদা ব্রাহ্মণ অদুনা "অশেংবমক ঐ ফত্তবা দান লৌজ-ররোই" হায়রবদি—মাবু যণ শজীক পীজহনগনি। মানা পীজবা শজীক অদু যণ-না চারবদি—যণ-না শজীক চাবা অদুগুম্বা তীর্থ মফম অদুদা ব্রাহ্মণশিংনা মাগা তিন্নবগী থবক তৌবীগনি হায়না তাকপিগনি ॥ ১৯৭ ॥

ব্রাত্যশিংগী যাজন পূজন তৌরুরবদি, মপা অমদি গুরুনচিংবগী

শরণাগতং পরিত্যজ্য বেদং বিপ্লাব্য চ দ্বিজঃ।
সংবৎসরং যবাহারস্তৎ পাপমপসেধতি॥ ১৯৯
শ্বশৃগালখরৈর্দ্দষ্টো গ্রাম্যৈঃ ক্রব্যাদ্ভিরেব চ।
নরাশ্বোষ্ট্রবরাহৈশ্চ প্রাণায়ামেন শুধ্যতি॥ ২০০
ষষ্ঠান্নকালতা মাসং সংহিতাজপ এব বা।
হোমাশ্চ শাকলা নিত্যমপাঙ্ক্ত্যানাং বিশোধনম্॥ ২০১
উষ্ট্রযানং সমারুহ্য খরযানন্তু কামতঃ।
স্নাত্বা তু বিপ্রো দিগ্বাসাঃ প্রাণায়ামেন শুধ্যতি॥ ২০২

---

নত্তনা অতোপ্পগী অশিবা পোৎলোইবনচিংবা তৌরুরবদি, মরাল লৈতবা মীবু হাৎনবগীদমক শ্রঙ্নচিংবা উচেক্না যজ্ঞনচিংবা অরানবা থবক তৌরুরবদি অমদি ''অহীন' ( মীবু থামায়বা, ডাওহন-কৈহন-বনচিংবা ) হায়না কৌবা যজ্ঞ অহু তৌরুবগীদি প্রাজাপত্য অহুমনা শেংই ( কোকই )॥ ১৯৮ ॥

মপাংগল লৈনা লৈনমক চঙ্জরক্লববু কনবীদবা অহুগা বেদ তম্বীবদা মতিক চাদবা মীবু বেদ তম্বীরুবা—মহাক অহুদি চহি অমা চূপ্পা যব চারগা পাপ কোকই ॥ ১৯৯ ॥

হূই, লমহূই, গাধা নত্রগা শাহিং চাবা লমলক্কী শা অতৈ অতৈমা নত্রগা মী, শগোল, উট অমদি ওক্না চীক্লবদি প্রাণায়াম তৌরগা শেংগনি ॥ ২০০ ॥

থা অমা চূপ্পা হুম্নিং নিনি চরা হেল্লগা হুমনি শুবগী ৬ শুবা মতমদা হায়বদি - হুমিদাং রাইরমদা চাক চাহুন্না হুম্নিং থুদিঙ্গী বেদ সংহিতা পাঠ তৌহুনা অমদি 'দেবকৃতস্যৈনস' অসিনচিংবা মন্ত্র নিপালনা হুমিং থুদিঙ্গী হোম তৌরবদি চামিন-থরুমিন্নবা য়াদবশিংগা চামিন্নরুবগী পাপকী প্রায়শ্চিত্ত ওই ॥ ২০১ ॥

পূক্লিঙ্না নিঙনা ব্রাহ্মণ-না উট অমদি গাধা তোংহ্না চৎলবদি অমদি ফি যাওদনা ঈরুজরবদি প্রাণায়াম তৌরগা পাপ কোকই ॥ ২০২ ॥

বিনাদ্ভিরপ্সু বাপ্যার্ত্তঃ শারীরং সন্নিবেশ্য চ।
সচেলো বহিরাপ্লুত্য গামালভ্য বিশুধ্যতি ॥ ২০৩
বেদোদিতানাং নিত্যানাং কর্ম্মণাং সমতিক্রমে।
স্নাতকব্রতলোপে চ প্রায়শ্চিত্তমভোজনম্ ॥ ২০৪
হুঙ্কারং ব্রাহ্মণস্যোক্ত্বা ত্বঙ্কারঞ্চ গরীয়সঃ।
স্নাত্বা নশ্নন্নহঃ শেষমভিবাদ্য প্রসাদয়েৎ ॥ ২০৫
তাড়য়িত্বা তৃণেনাপি কণ্ঠে বাবধ্য বাসসা।
বিবাদে বা বিনির্জিত্য প্রণিপত্য প্রসাদয়েৎ ॥ ২০৬
অবগূর্য্য ত্বব্দশতং সহস্রমভিহত্য চ।
জিঘাংসয়া ব্রাহ্মণস্য নরকং প্রতিপদ্যতে ॥ ২০৭

---

ঈশিং, পুদনা ( য়াওদনা ) নত্রগা থাঙবা ওয়ক্তবদগী ঈশিং মঙ্গংদা অমাং-অশোয় তৌশিল্লবদি মতুদা শেংলি-ইল্লিবা ফিগা লোয়নবা থুংগঙ্গী মপান্দা চত্তনা তুরেননচিংবদা ঈরুজথোক্লগা যণগী মশা শোক্লবদি শেংগনি ॥ ২০৩ ॥

অকরুবা প্রায়শ্চিত্তকী মশক থোইনা হায়বদি লৈতবা অহু-গুম্বা বেদনা হায়বা হুমিং থুদিঙ্গী তৌফম থোকপা থবক তৌত্রবদি (করিগুম্বদা তৌহৌত্রবদি) অহুগা স্নাতককী হৌনবী ব্রত তৌত্রবদি অহিং হুংথিজ অমা চরা হেন্দুনা প্রায়শ্চিত্ত তৌগনি ॥ ২০৪ ॥

ব্রাহ্মণবু চৈহত্তুনা 'তুমিন লৈয়ু' অসিনচিংবা হায়রবদি অহুগা গুরুজনদা "নঙ, মা" হায়বা খোন থারবদি ঈরুজথোক্কুনা হুমিং তাবা ফাওবা চরা হেন্দুনা লৈরগা ঈকাইবা পীগ্রিবা মী অহুগী মথোঙ পায়না খুরুমহুনা রোউহল্লুগনি ॥ ২০৫ ॥

ব্রাহ্মণবু নাপী মকা অমত্তুংনা ফাওবা য়ৈরুবা, মচত্তা ফিনা লাকশিল্লুবা নত্রগা চীন্দা-পাউদানবদা ওমলুবা—অহু ওইরবদি মাবু দণ্ডবৎ তৌহুনা খুরুম্নগা শাউবা কহনগনি ॥ ২০৬ ॥

ব্রাহ্মণবু হাৎকে নিঙ্গুনা চৈথুপ শাংগৎলুরবদি চহি ১০০, অহুগা মাবু য়ৈরুবগীনা চহি ১,০০০ নরক তাই ॥ ২০৭ ॥

শোণিতং যাবতঃ পাংশূন্ সংগৃহ্লাতি মহীতলে।
তাবন্ত্যব্দসহস্রাণি তৎকর্ত্তা নরকে বসেৎ ॥ ২০৮
অবগূর্য্য চরেৎ কৃচ্ছ্রমতিকৃচ্ছ্রং নিপাতনে।
কৃচ্ছ্রাতিকৃচ্ছ্রৌ কুর্ব্বীত বিপ্রস্যোৎপাদ্য শোণিতম্ ॥২০৯
অনুক্তনিষ্কৃতীনান্তু পাপানামপনুত্তয়ে।
শক্তিঞ্চাবেক্ষ্য পাপঞ্চ প্রায়শ্চিত্তং প্রকল্পয়েৎ ॥ ২১০
যৈরভ্যুপায়ৈরেনাংসি মানবো ব্যপকর্ষতি।
তান্ বোঽভ্যুপায়ান্ বক্ষ্যামি দেবর্ষিপিতৃসেবিতান্ ॥২১১
ত্র্যহং প্রাতস্ত্র্যহং সায়ং ত্র্যহমদ্যাদযাচিতম্।
ত্র্যহং পরঞ্চ নাশ্নীয়াৎ প্রাজাপত্যং চরন্ দ্বিজঃ ॥ ২১২

---

ব্রাহ্মণগী অশোকপা মশাদগী শিম্বরকপা ঈ অদুনা চোৎখিবা উফুল মরীক অদুকয়াম্বা চহি মশীং অদুপ ফুরুবা মী অদু নরক তাই ॥ ২০৮ ॥

ব্রাহ্মণবু হাৎকে নিঙ্ দুনা মথক্তা চৈ থাংগৎলুরবদি প্রাজাপত্য ব্রত তৌগনি, মাবু ফুরুবগীনা অতিকৃচ্ছ্রব্রত ( হেঞ্জিন্না তৌবা সান্ত-পন-নচিংবা ব্রত ) তৌগনি অদুগা অশোকপা মফমদগী ঈ তায়বদি কৃচ্ছ্রাতিকৃচ্ছ্রব্রত ( হান্নদগী শরূক অনি হেনবা ) ব্রত অদু তৌগনি ॥ ২০৯ ॥

প্রায়শ্চিত্তকী মশক্তি হায়রবা অদুগুম্বা পাপশিং অদু কোক্ল-নবদি পাপ তৌরিবা মী অদুগী অঙম্বা ঙমদবা শক্তি য়েংদুনা অদুগা তৌরুরিবা পাপ অদুগী অরূম-অয়াং বিচার তৌদুনা মদুগী প্রায়শ্চিত্ত লেপকদবনি ॥ ২১০ ॥

দেবর্ষি অমদি ইপাইপুশিংনা চৎনরম্লবা মীওইবা পুন্নমক্কী পাপ কোক্লনবা উপায়শিং অদু নখোয়দা হায়গে ॥ ২১১ ॥

প্রাজাপত্য ব্রত হায়বসি হুমিৎ ১২ নি চঙ্না তৌগদবনি। অসিগুম্বা প্রাজাপত্য হায়বা কৃচ্ছ্রব্রত অসি তৌবা মতমদা দ্বিজনা —অহানবা হুমিৎ হুমনিদি অয়ুক্কী মতমদা চাগনি, থংনবা হুমনি

গোমূত্রং গোময়ং ক্ষীরং দধি সর্পিঃ কুশোদকম্।
একরাত্রোপবাসশ্চ কৃচ্ছ্রং সান্তপনং স্মৃতম্॥ ২১৩
একৈকং গ্রাসমশ্নীয়াৎ ত্র্যহাণি ত্রীণি পূর্ব্ববৎ।
ত্র্যহঞ্চোপবসেদন্ত্যমতিকৃচ্ছ্রং চরন্ দ্বিজঃ॥ ২১৪
তপ্তকৃচ্ছ্রং চরন্ বিপ্রো জলক্ষীরঘৃতানিলান্।
প্রতিত্র্যহং পিবেদুষ্ণান্ সকৃৎস্নায়ী সমাহিতঃ॥ ২১৫

---

অমনা য়াচঙ্‌বা মতমদা চাগনি, অতুগী মথংগী ছমনি অমদি "অযাচিত ব্রত" হায়বদি হংলু-নিরুবা লৈতনা পুশিল্লকপা চীঙ্গাক্রমক চাগনি অতুগা অয়োইবা ছমনি অতুমদি চরা হেনগদবনি। চাবগী নিয়মদি—অহানবা নুমিৎ ছমনিদি অয়ুক্তা য়েন্নাম-মুক চাউবা চথোম ২৬ চাগনি, মথংগী ছমনিনা য়াচঙ্‌বদা চথোম ২২ অতুগা মথং ছমনি অমনা চথোম ২৪ চাগনি ॥ ২১২ ॥

নোংমনা ষষ্ঠী, ষণয়ুং, শংগোম অনৌবা, অফস্বা, ঘি অমসুং কুশ হাপ্পা ঈশিং—পোৎলম ৬ অসি য়ানশিন্নরগা থক্কনি, অতৈ অমা চাবা য়াদে, অতুগা মথংগী নুমিৎনা চরা হেনগনি—মসিনা "কৃচ্ছ্র-সান্তপন" হায়না কৌই ॥ ২১৩ ॥

অতিকৃচ্ছ্রসাধন তৌবা তারবদি দ্বিজাতিনা অহানবা নুমিৎ ছমনিনা অয়ুক্তা চথোম অমমম, মথংগী ছমনি অমনা য়াচঙ্‌বদা চথোম অমমম অতুগা মথংগী ছমনি অমনা অমুক হান্নগুম্না নিরু-থিরুদনা মথন্তা লাকচবা চীঙ্গাক চথোম অমমম চাগনি অতুগা অকোনবা ছমনি অতুনা চন্না হেনগনি—অস্নুম্না নুমিৎ ১২ নিদা পাঙ্‌থোকপা ব্রত অসিবু 'অতিকৃচ্ছ্র ব্রত' হায়না কৌই ॥ ২১৪ ॥

অসিগুমহুনা তপ্তকৃচ্ছ্রসু নুমিৎ ১২ নিদা তৌগদবা ব্রতনি। মসি তৌবা তারবদি দ্বিজ নত্রগা ব্রাহ্মণ অহুনা পূক্নিঙ্‌ চেৎনা (থাজনা) অমুক্তং ঈরুজথোক্লগা অহানবা নুমিৎ ছমনি অতু ঈশিং অশাবা থকনি, মথংগী ছমনিনা শংগোম অশাবা থকনি, অহুমা-

যতাত্মনোঽপ্রমত্তস্য দ্বাদশাহমভোজনম্।
পরাকো নাম কৃচ্ছ্রোঽয়ং সর্ব্বপাপাপনোদনঃ॥ ২১৬
একৈকং হ্রাসয়েৎ পিণ্ডং কৃষ্ণে শুক্লে চ বর্দ্ধয়েৎ।
উপস্পৃশংস্ত্রিষবণমেতচ্চান্দ্রায়ণং স্মৃতম্॥ ২১৭
এতমেব বিধিং কৃৎস্নমাচরেদ্ যবমধ্যমে।
শুক্লপক্ষাদি নিয়তশ্চরংশ্চান্দ্রায়ণব্রতম্॥ ২১৮

মথংগী হৃমনি অহুমনা অমুক ঘি অশাবা থকনি অহুগা অরোইবগী হৃমনি অহুমদি অশাবা লুংশিং চাগনি (চিংশিনগনি)॥ ২১৫॥

পরাক কৃচ্ছ্রব্রত ইন্দ্রি থৃহুম চন্দুনা পুক্লিঙ্ লৈতানা হুমিং ১২ নি চুপ্পা চরা হেন্দুনা লৈববু "পরাককৃচ্ছ্রব্রত' হায়না কৌই। মসিদি পাপ পুম্নমক কোকহনবা ঙম্বা ব্রতনি॥ ২১৬॥

পিপীলিকা-মধ্য চান্দ্রায়ণ - ত্রিসন্ধ্যা (মতম অহুমদা) ঈরুজহুনা পূর্ণিমা হুমিত্তা চথোম ১৫ চাগনি, মথংদা কৃষ্ণা প্রতিপদ-তগী হৌনা কৃষ্ণা চতুর্দ্দশী (শিথরকপা ১৪ নি পানবা) ফাওবা হুমিং থৃদিঙ্গী চথোম অমমম হন্থরকনি অহুগা অমাবস্যা (থাশিদা) দা চরা হেল্লগা হুমিং থৃদিঙ্গী পানথংলকপা থাগী মতুংইন্না চথোম অমমম হেনগংলক্লুনা পূর্ণিমাদা চথোম ১৫ চাগনি মসিবু 'চান্দ্রায়ণ ব্রত' কৌই। চান্দ্রায়ণ ব্রতদি থা অমা চুপ্পা তৌগদবনি। ককচেংগুম্না মসিগী ময়ায়দা চেংশিল্লি হায়হুনা মসিবু "পিপীলিকা-মধ্য-চান্দ্রায়ণ' সু কৌনৈ॥ ২১৭॥

যবমধ্য-চান্দ্রায়ণ—মসিসু চথোম হন্থবা চাউথংপা নাইবা, মতম অহুমদা ঈরুজবা, ইন্দ্রি লাকশিনবা অসিনচিংবা নিয়ম ভাকদবনি। মসিগী ব্রত অসিদি—শুক্লা প্রতিপদ (পানগংলকপগী নোংমা পানবা) হু মত্তা চথোম অমা, নিনি পানবদা অনি অমুম তৌনা নোংমা নোংমগী অমমম হেনগংলক্লুনা পূর্ণিমা হুমিত্তা চথোম ১৫ চারগা অমুক কৃষ্ণা প্রতিপদ (শিথরকপগী নোংমা পানবা) হুমিত্তগী হৌনা চথোম অমমম হুমিং থৃদিঙ্গী হন্থরক্লগা থাশি

অষ্টাবষ্টৌ সমশ্নীয়াৎ পিণ্ডান্ মধ্যন্দিনে স্থিতে।
নিয়তাত্মা হবিষ্যাশী যতিচান্দ্রায়ণং চরন্ ॥ ২১৯
চতুরঃ প্রাতরশ্নীয়াৎ পিণ্ডান্ বিপ্রঃ সমাহিতঃ।
চতুরোঽস্তমিতে সূর্য্যে শিশুচান্দ্রায়ণং স্মৃতম্ ॥ ২২০
যথাকথঞ্চিৎ পিণ্ডানাং তিস্রোঽশীতীঃ সমাহিতঃ।
মাসেনাশ্নন্ হবিষ্যস্য চন্দ্রস্যৈতি সলোকতাম্ ॥ ২২১
এতদ্রুদ্রাস্তথাদিত্যা বসবশ্চাচরন্ ব্রতম্।
সর্ব্বাকুশলমোক্ষায় মরুতশ্চ মহর্ষিভিঃ ॥ ২২২

---

হুমিত্তমা চরা হেনবা—মওঙ্ অসিনি। মসিগী চান্দ্রায়ণ মওঙ্ অসিনা ফৌ নত্রগা যবকী মতৌগুম্না ময়াম পোঙ্থোকই হায়রবা 'যব-মধ্য-চান্দ্রায়ণ' কৌথিবতনি ॥ ২১৮ ॥

যতি-চান্দ্রায়ণ—মসিদদি ইন্দ্রি লাকশিন্না শুক্লপক্ষ নত্রগা কৃষ্ণপক্ষ (পানখৎলকপা নত্রগা শিথরকপ) গী নোংমা পানবা অমদগী হৌরগা থা অমা চুপ্পা হুমিৎ থুদিঙ্গী নিরামিষ চখোম ৮। ৮ দং চাগনি ॥ ২১৯ ॥

হৌনিঙ্বা প্রতিপদ (নোংমা পানবা) অমদগী হৌতনা থা অমা চুপ্পা পুক্লিঙ্ লৈতানা হুমিৎ থুদিঙ্গী অযুক্তা চখোম ৪ অস্তগা হুমিৎ তারবা মতুংদসু চখোম ৪ চাববুনা 'শিশু-চান্দ্রায়ণ' হায়না কৌই ॥ ২২০ ॥

থা অমদা চখোম ২৪০ থক হুমিৎ থুদিঙ্গী চখোম মশীং য়েন্থোক্লরগা হাঙবদি নোংমনা চখোম ৫, নোংমনা ১০, নোংমা অমনা চরা-হেন অসুন্না চাহনা ব্রত তৌবা মী অহুদি চন্দ্রলোক কাই ॥ ২২১ ॥

রুদ্র তরামাথোই, (একাদশ রুদ্র), আদিত্য তরানিথোই (দ্বাদশাদিত্য), বসু নিপান (অষ্টবসু), মরুৎশিং অমদি মহর্ষিশিং পুম্নমক্না ফত্তবা কোক্লবগীদমক্তা অসিগুম্বা চান্দ্রায়ণ-ব্রত অসি তৌন-খিবমক্তনি ॥ ২২২ ॥

মহাব্যাহৃতিভির্হোমঃ কর্তব্যঃ স্বয়মন্বহম্ ।
অহিংসা সত্যমক্রোধমার্জবঞ্চ সমাচরেৎ ॥ ২২৩
ত্রিরহ্নস্ত্রির্নিশায়াঞ্চ সবাসা জলমাবিশেৎ ।
স্ত্রী-শূদ্র পতিতাংশ্চৈব নাভিভাষেত কর্হিচিৎ ॥ ২২৪
স্থানাসনাভ্যাং বিহরেদশক্তোঽধঃ শয়ীত বা ।
ব্রহ্মচারী ব্রতী চ স্যাদ্ গুরুদেবদ্বিজার্চকঃ ॥ ২২৫
সাবিত্রীঞ্চ জপেন্নিত্যং পবিত্রাণি চ শক্তিতঃ ।
সর্ব্বেষ্বেব ব্রতেষ্বেবং প্রায়শ্চিত্তার্থমাদৃতঃ ॥ ২২৬

---

অসিগুম্বা চান্দ্রায়ণ-ব্রত অসি তৌরিবৈদা মুমিৎ খুদিঙ্গী মশামক্না ঘিনা মহাব্যাহৃতি হোম তৌগনি অতুগা হিংসাগী থবক থাদোকনি, অচুম্বা ঙাঙ্গনি, শাউদনা অমদি লৌনম-লৌথুপ য়াও-দনা লৈগনি ॥ ২২৩ ॥

মথক্তা হায়খ্রিবা পিপীলিকামধ্য অমসুং যবমধ্য-চান্দ্রায়ণ অনি অসি নত্তবা চান্দ্রায়ণ অতৈদি থা অমা চুপ্পা—অয়ুক মুমিদাং অনি-মক্তা ফিরোন য়াওনা য়াওনা ৩ । ৩ লক হন্না তুরেন্নচিংবদা ঈরুজ-গনি অতুগা করিগুম্বদসু নুপী, শূদ্র অমদি জাত তাৱবা মীগা থক কৌন-ঙাঙ্নরুবা য়াদে ॥ ২২৪ ॥

অয়ুক মুংথিল-মুমিদাংদা লেপ্তুনা নত্রগা কমতুনতা লৈগনি । কৈদৌঙৈদসু হিপ্পা য়াদে, ঙমদ-ঙমত্রগনা লৈমায়দা হিপকনি, কাংথোন্নচিংবা শীজিন্নবা য়াদে ; নুপী শম্নবা য়াদে, ব্রহ্মচারী কিজেৎ শেত্তুনা হায়বদি খ্বাঙ্লাক লাক্তুনা চৈশু পায়দুনা, গুরুগী, লাইগী অমদি দ্বিজশিংগী সেবা তৌদুনতা লৈগনি ॥ ২২৫ ॥

মতম পুম্নমক্তা সাবিত্রী ( গায়ত্রী ) জপ তৌগনি অমসুং অঘমর্ষণনচিংবা ( পাপ কোক্লনব জপকী মথল ), পাবন মন্ত্র ( শেং-দোকুবা মন্ত্র ) শিংসু জপ তৌগনি ॥ ২২৬ ॥

এতে দ্বিজাতয়ঃ শোধ্যা ব্রতৈরাবিষ্কৃতৈনসঃ।
অনাবিষ্কৃতপাপাংস্তু মন্ত্রৈর্হোমৈশ্চ শোধয়েৎ॥ ২২৭
খ্যাপনেনানুতাপেন তপসাধ্যয়নেন চ।
পাপকৃন্মুচ্যতে পাপাৎ তথা দানেন চাপদি॥ ২২৮
যথা যথা নরোঽধর্ম্মং স্বয়ং কৃত্বানুভাষতে।
তথা তথা ত্বচেবাহিস্তেনাধর্ম্মেণ মুচ্যতে॥ ২২৯
যথা যথা মনস্তস্য দুষ্কৃতং কর্ম্ম গর্হতি।
তথা তথা শরীরং তৎ তেনাধর্ম্মেণ মুচ্যতে॥ ২৩০
কৃত্বা পাপং হি সন্তপ্য তস্মাৎ পাপাৎ প্রমুচ্যতে।
নৈবং কুর্য্যাং পুনরিতি নিবৃত্ত্যা পূয়তে তু সঃ॥ ২৩১

---

মথক্তা হায়রিবা প্রায়শ্চিত্তশিং অসিনা দ্বিজাতিশিংবু মীনা খঙ্নবা পাপতগী কোকহন্নবা তৌগনি। অতুগা মীনা খঙ্দবা পাপ-মথৈদি—মন্ত্র জপ অমদি হোম তৌবতনা শেংহনগনি॥ ২২৭॥

পাপ তৌরগা মতু মীঙোন্দা তাকথোকপা, তৌখ্রিবা অরানবা অতুগীদমক নিঙঙম্লক্তবা, তপ তৌবা অমদি বেদ তম্বনা পাপী অতুগী মশাদগী পাপ কোকই অতুগা ঙমদবা মতাং থোক্লবদি হায়বদি তপস্যানচিংবা তৌবা ঙমদ্রবদি দান তৌবতনসু পাপ কোকই॥২২৮॥

পাপ তৌবা মীনা মাগী পাপ অতু মীঙোন্দা হায়দোকপা ঙমলিবা অতুপকী মথৈ হায়দোক্লগা লিন্না মকু হুবগুম, মহাকসু পাপতগী কোকথোকচবা ঙম্মী॥ ২২৯॥

ফত্তবা থবকপু অতুপকী মতিক নিন্দা তৌবা (তাথীবা, য়াদবা) ঙমদিবা অতুপকী মথৈ মাগী জীবাত্মা (মশাদা লৈরিবা মী অতুগী 'ঐ') অতুসু ফত্তবা থবক্তুগী হায়বদি পাপতগী নাস্থোকপা, কোকপা ঙম্মী॥ ২৩০॥

তৌখিবা পাপকীদমক পুক্নিঙ্দা মৈচাক কংলবদি (নিঙমদবা মৈরিনা চাকথেক্লবদি) পাপ অদু কোকখিদি হায়ববু থোইদোক্লদি

এবং সঞ্চিন্ত্য মনসা প্রেত্য কর্ম্ম ফলোদয়ম্।
মনোবাঙ্মূর্ত্তিভির্নিত্যং শুভং কর্ম্ম সমাচরেৎ ॥ ২৩২
অজ্ঞানাদ্যদি বা জ্ঞানাৎ কৃত্বা কর্ম্ম বিগর্হিতম্।
তস্মাদ্বিমুক্তিমন্বিচ্ছন্ দ্বিতীয়ং ন সমাচরেৎ ॥ ২৩৩
যস্মিন্ কর্ম্মণ্যস্য কৃতে মনসঃ স্যাদলাঘবম্।
তস্মিংস্তাবত্তপঃ কুর্য্যাদ্ যাবৎ তুষ্টিকরং ভবেৎ। ২৩৪
তপোমূলমিদং সর্ব্বং দৈবমানুষকং সুখম্।
তপোমধ্যং বুধৈঃ প্রোক্তং তপোঽন্তং বেদদর্শিভিঃ ॥২৩৫

---

মতুংদা অসিগুম্বসি অমুক হন্না তৌখ্ররোই, হায়না রাশক্তুনা পাপকী থবক অমত্তা তৌত্রবদি পাপতগী পুমকোক কোকপা ওই ॥ ২৩১ ॥

'মতুংগী মপোক্তা ঐনা তৌজবা অফবা ফত্তবা থবকী মহৈ চাজরুগদবনিকো' হায়বসি কাউবা লৈতনা নিঙ্শিংহুনা থন্নায় হকচাং অমদি রাহৈ খোনফম পুন্নমন্না অতৎপা লৈতনা অফবতা তৌগদবনি ॥ ২৩২ ॥

খঙনবু ওইরবসু খঙদনবু ওইরবসু পাপ তৌরুরগা মতুদগীবু কোকনিঙলবদি ( কোরুবা তৌগেবু থল্লবদি ) মী অহুনা অমুক হন্না থক পাপ তৌরগদবা লৈত্রবনি ॥ ২৩৩ ॥

পাপ তৌবা কনাগুম্ববু প্রায়শ্চিত্ত তৌরবমক্তদা মাগী মপুক্লিঙ্ অহু পাপ কোকপনা ময়ম ওইহুনা রাই ইশং শংবা, ইয়াং হেক য়াংখৎলকপা মতৌ তৌত্রবদি মওঙ্ অসি হেক খোক্তুবা ফাওবা হন্না হন্না প্রায়শ্চিত্ত তৌগদবনি ॥ ২৩৪ ॥

মী অমদি লাইশিংনা মানা মানা ফংনরিবা হুংঙাইবা পুন্নমক অসি মানা মানা তৌজবা তপস্যা ( হুংঙাইবা ফংননবা অন্নাবা মখল মখল থাঙনবগী থবক ) অহুনা ময়ম ওইহুনা রাৎনা হেন্না অমদি অতেল-অশাং নাইনা ফংনবা মক্তনি— মসি বেদ খঙবা জ্ঞানিশিংনা হায়বনি ॥ ২৩৫ ॥

ব্রাহ্মণস্য তপো জ্ঞানং তপঃ ক্ষত্রস্য রক্ষণম্।
বৈশ্যস্য তু তপো বার্ত্তা তপঃ শূদ্রস্য সেবনম্॥ ২৩৬
ঋষয়ঃ সংযতাত্মানঃ ফলমূলানিলাশনাঃ।
তপসৈব প্রপশ্যন্তি ত্রৈলোক্যং সচরাচরম্॥ ২৩৭
ঔষধান্যগদো বিদ্যা দৈবী চ বিবিধা স্থিতিঃ।
তপসৈব প্রসিধ্যন্তি তপস্তেষাং হি সাধনম্॥ ২৩৮
যদ্দুস্তরং যদ্দুরাপং যদ্দুর্গং যচ্চ দুষ্করম্।
সর্ব্বন্তু তপসা সাধ্যং তপো হি দুরতিক্রমম্॥ ২৩৯
মহাপাতকিনশ্চৈব শেষাশ্চাকার্য্যকারিণঃ।
তপসৈব সুতপ্তেন মুচ্যন্তে কিল্বিষাৎ ততঃ॥ ২৪০

---

ব্রাহ্মণগী তপস্যাদি—জ্ঞান ফংনবা সাধন তৌবনি, ক্ষেত্রিগী তপস্যানা—ঙাকপি-কনবীবনি, বৈশ্যগী তপস্যানা—শা-শন য়োকপনি অমগা শূদ্রগী তপস্যানা—দ্বিজশিংগী সেবা তৌবনি ॥ ২৩৬ ॥

ঋষিশিংনা পুক্লিঙ্ লাকশিন্দুনা উহৈ-রাহৈ অমদি নুংশিংতমক চাদুনা তৌবা তপস্যা অদুগী মপান্না মখোয়না মতম পুম্নমক্তা মরোল অহুম্মকপু উবা ফংই ॥ ২৩৭ ॥

অনা-লায়কোক্লবা হীদাক, মশা তীঞ্জেন-লাইচেন্দবা, মহৈ অমদি তত্ত্বজ্ঞান ( ব্রহ্ম খঙবা ) ফংবা অমসুং মখল মখা অয়াম্বা স্বর্গনচিংবা অফবা লোক ফংবা—অসি পুম্নমক অসি তপস্যাতগী মপান্না ফংনরিবনি—তপস্যাতনা মখোয় অসিগী সাধনানি ॥ ২৩৮ ॥

লানঙমদবা, ফংঙমদবা, চংঙমদবা অমদি তৌঙমদবা অসি পুম্নমকসু তপস্যাতনা পাঙথোকপা ঙম্মী, তপস্যা হায়বসিগী মগুণদি কনানসু হল্লাল্লুবা ঙমদে (হোৎনরবদা ফংঙমদবা থক লৈতে) ॥২৩৯॥

ব্রাহ্মণ হাৎপনচিংবা অচৌবা পাপ লঙজবা ( মহাপাতক ) অমুসা উপপাতক ( পাপ মচা-মশু ) নচিংবা ফংহনবা ফত্তবা থবক তৌবা অমুত্তবা মীওইশিংনা মথক্তা হায়প্রিবা তপস্যাশিং অসি তৌরগা মানা মানা তৌবা পাপ অদু কোকপা ঙম্মী ॥ ২৪০ ॥

কীটাশ্চাহিপতঙ্গাশ্চ পশবশ্চ বয়াংসি চ।
স্থাবরাণি চ ভূতানি দিবং যান্তি তপোবলাৎ ॥ ২৪১
যৎকিঞ্চিদেনঃ কুর্ব্বন্তি মনোবাঙ্‌মূর্ত্তিভির্জনাঃ।
তৎসর্ব্বং নির্দ্দহন্ত্যাশু তপসৈব তপোধনাঃ ॥ ২৪২
তপসৈব বিশুদ্ধস্য ব্রাহ্মণস্য দিবৌকসঃ।
ইজ্যাশ্চ প্রতিগৃহ্ণন্তি কামান্ সংবর্দ্ধয়ন্তি চ ॥ ২৪৩
প্রজাপতিরিদং শাস্ত্রং তপসৈবাসৃজৎ প্রভুঃ।
তথৈব বেদানৃষয়স্তপসা প্রতিপেদিরে ॥ ২৪৪
ইত্যেতৎ তপসো দেবা মহাভাগ্যং প্রচক্ষতে।
সর্ব্বস্যাস্য প্রপশ্যন্তস্তপসঃ পুণ্যমুত্তমম্ ॥ ২৪৫

---

তীল, লিন, কৌজেঙ্, শা, উচেক অমদি উ-মানচিংবা অচৎপা চত্তবা ভূত ( লৈপাক, ঈশিং, মুংশিৎ, মৈশা অমসুং অহাঙ্‌বা আতিয়া মঙা অসিদগী থোকপা থরায় পানবশিং ) পুম্নমক অসিনু তপস্যাগী মপান্না স্বর্গ কাবা ফংই ॥ ২৪১ ॥

মীওইবনা পুক্লিঙ্-হকচাং অমসুং রাহৈ-থোনকম্না লঙ্‌শিন্নবা অচুম্বা পাপ পুম্নমক অতু তপস্যাগী লম্না লল্লোইনবা মীশিংদি মাগী মাগী তপ অচুম্বগী পাংগলনা মতম পুম্নমক্তা চাকথেকহনবা ঙম্মী ॥২৪২॥

অকনবা তপকী মতেংনা পাপ চেন্দ্রবা অচুম্বা ব্রাহ্মণশিংনা তৌবা যজ্ঞদা লাইশিংনা হবি ( ঘিনচিংবা ) চাথুনা অপাম্বা পোৎ পীনবী ॥ ২৪৩ ॥

লোক পুম্নমকী ( মরোল পুম্নমকী ) মপু ওইরিবা ব্রহ্মানা অকনবা তপ তৌরগা অসিগুম্বা মানব-ধর্ম্মশাস্ত্র ( মীওইবগী মথৌ তাকপা লাইরিক ) অসি লেংখ্রিবনি অমসুং তপস্যাগী মপান্না ঋষিশিংসু মন্ত্র-ব্রাহ্মণগী মশক ওইরবা বেদ পুম্নমক অসিবু ফংনখ্রিবনি ॥ ২৪৪ ॥

তাইবঙ্‌পানবা অসিদা ফংনরিবা তপস্যাগী থৌরদগী ছেনবা

বেদভ্যাসোঽন্বহং শক্ত্যা মহাযজ্ঞক্রিয়া ক্ষমা।
নাশয়ন্ত্যাশু পাপানি মহাপাতকজান্যপি ॥ ২৪৬
যথৈধস্তেজসা বহ্নিঃ প্রাপ্তং নির্দ্দহতি ক্ষণাৎ।
তথা জ্ঞানাগ্নিনা পাপং সর্ব্বং দহতি বেদবিৎ ॥ ২৪৭
ইত্যেতদেনসামুক্তং প্রায়শ্চিত্তং যথাবিধি।
অত ঊর্দ্ধং রহস্যানাং প্রায়শ্চিত্তং নিবোধত ॥ ২৪৮
সব্যাহৃতিপ্রণবকাঃ প্রাণায়ামাস্তু ষোড়শ।
অপি ভ্রূণহনং মাসাৎ পুনন্ত্যহরহঃ কৃতাঃ ॥ ২৪৯
কৌৎসং জপ্ত্বাপ ইত্যেতদ্বাসিষ্ঠঞ্চ প্রতীত্যৃচম্।
মাহিত্রং শুদ্ধবত্যশ্চ সুরাপোঽপি বিশুধ্যতি ॥ ২৫০

---

য়াইকবা মতৌ অসি উবদগী লাইমক্না তপস্যা অসিগী মতিক মগুণবু থাগৎনৈ ॥ ২৪৫ ॥

অগুম্বা মতুংইন্না হুমিৎ খূদিঙ্গী বেদ নৈনবা, পঞ্চমহাযজ্ঞ তৌবা অমস্তুং মীনা অরানবা তৌবদা খাঙ্হৈবা=মখোয়শিং অসিনা মহাপাতককী পাপ পূম্নমক থীম্বা তৌদনা কোকহল্লি ॥ ২৪৬ ॥

মৈনা, মাগী শম্নবা উ-রা নাপী-শীংবী পূম্নমকপু ঙাইহাক্তদা চাকথেকপগুন্না বেদ হৈবা ব্রাহ্মণস্তু মাগী জ্ঞানগী মৈন্নিনা পাপ পূম্নমকপু চাকথেকহল্লি ॥ ২৪৭ ॥

মীনা থঙ্বা, অকোংবা পাপকী মরমদা তৌবা হৌনবা প্রায়শ্চিত্তকী মরমদি হায়রবসিনি, মথংদা অরোনবা পাপকী প্রায়শ্চিত্ত অমুক হায়রকে তাবীয়ু ॥ ২৪৮ ॥

থা অমা চুপ্না হুমিৎ খূদিঙ্গী ব্যাহৃতি, প্রণব অমস্তুং সাবিত্রী (গায়ত্রী) না মকোক থংনা প্রাণায়াম ১৬। ১৬ লক তৌরবদি ব্রাহ্মণ হাৎপগী পাপ কাওবা কোকহনবা ঙম্মী ॥ ২৪৯ ॥

কৌৎস ঋষিনা উৎপিরম্লবা "অপ নঃ শোশুচদঘম্" অসিনচিংবা মন্ত্র, বশিষ্ঠ ঋষিনা উৎলম্বা "প্রতিস্তোমেভিরুষসং বশিষ্ঠা" অসিনচিংবা ঋকমন্ত্র, "মহিত্রীণামবোঽস্তু" হায়বা মাহিত্রশুক্তমন্ত্র অমদি

কৃজ্জপ্ত্বাস্য বামীয়ং শিবসঙ্কল্পমেব চ।
অপহৃত্য সুবর্ণন্তু ক্ষণাদ্ভবতি নির্ম্মলঃ ॥ ২৫১
হবিষ্যন্তীয়মভ্যস্য নতমংহ ইতীতি চ।
জপিত্বা পৌরুষং সুক্তং মুচ্যতে গুরুতল্পগঃ ॥ ২৫২
এনসাং স্থূল-সূক্ষ্মাণাং চিকীর্ষন্নপনোদনম্।
অবেত্যৃচং জপেদব্দং যৎকিঞ্চেদমিতীতি বা ॥ ২৫৩
প্রতিগৃহ্যাপ্রতিগ্রাহ্যং ভুক্ত্বা চান্নং বিগর্হিতম্।
জপংস্তরৎসমন্দীয়ং পূয়তে মানবস্ত্র্যহাৎ ॥ ২৫৪

---

'এতোম্বিন্দ্রংস্তবামশুদ্ধম্" হায়বা শুদ্ধবত্যনচিংবা ঋক্‌মন্ত্রশিং অসি থা অমা চূপ্না হুমিং থূদিঙগী ১৬। ১৬ লক হান্না পাঠ তৌরবদি য়ু থকপা মীনা য়ু-থকপগী পাপ অতু ফাওবা কোকই ॥ ২৫০ ॥

"অস্যবামীয়মসস্য বামস্য পলিতস্য এতৎ" হায়বা সূক্ত অসি (ঋগ্বেদগী মন্ত্র) থা অমা চূপ্না নোংমগী অমুক অমুক্তং পাঠ তৌরবদি নত্রগা "যজ্জাগ্রতো দূরং" অসিনচিংবা বাজসনেয় (যজুর্ব্বেদগী মন্ত্র) অসিবু পাঠ তৌহনা শিব-সঙ্কল্প-মন্ত্র পাঠ তৌরবদি সনা হুখাল্লবনু থূদক্তা পাপ কোকই ॥ ২৫১ ॥

"হবিষ্যন্ত মজরং স্বর্ব্বিদাম্" অসিনচিংবা ঋক্ মন্ত্র ১৯ নত্রগা "নতমংহো" নচিংবা ঋক্ মন্ত্র ৮ নত্রগা 'সহস্রশীর্ষা পুরুষ" অসিন-চিংবা পুরুষসূক্ত অসি থা অমা চূপ্না হুমিং থূদিঙ্‌গী ১৬। ১৬ লক পাঠ তৌরবদি গুরুগী নূপী হল্লানবগী পাপ কোকই ॥ ২৫২ ॥

মহাপাপতগী কোক্লিঙ্‌বা মীনা "অবতে হেলো বরুণ নমোভিঃ" হায়বা ঋক্ নত্রগা "যৎকিঞ্চেদং বরুণো দেবো" হায়বা ঋক্ নত্রগা "ইতি মে মনঃ" হায়বা সূক্ত মন্ত্র অসি চহি অমা চূপ্না হুমিং থূদিঙ্‌গী অমুক অমুক জপ তৌগদবনি ॥ ২৫৩ ॥

লৌহৈদবা পোৎ দান লৌবা নত্রগা চাকদবা চীঞাক চাবা মীগীদি "তরৎসমন্দীধাবতী" হায়বা ঋক্ মন্ত্র মরি অসি হুমিং হমনি জপ তৌরবদি পাপ অতু কোকই ॥ ২৫৪ ॥

সোমারৌদ্রন্তু বহ্বেনা মাসমভ্যস্য শুধ্যতি ।
স্রবন্ত্যামাচরন্ স্নানমর্যাম্ণামিতি চ ত্র্যচম্ ॥ ২৫৫
অব্দার্দ্ধমিন্দ্রমিত্যেতদেনস্বী সপ্তকং জপেৎ ।
অপ্রশস্তন্তু কৃত্বাপ্সু মাসমাসীত ভৈক্ষ্যভুক্ ॥ ২৫৬
মন্ত্রৈঃ শাকলহোমীয়ৈরব্দং হুত্বা ঘৃতং দ্বিজঃ ।
সুগুর্ব্বপ্যপহন্ত্যেনো জপ্ত্বা বা নব ইত্যৃচম্ ॥ ২৫৭
মহাপাতক সংযুক্তোঽনুগচ্ছেদ্গাঃ সবাহিতঃ ।
অভ্যস্যাব্দং পাবমানীর্ভৈক্ষ্যাহারো বিশুধ্যতি ॥ ২৫৮
অরণ্যে বা ত্রিরভ্যস্য প্রযতো বেদসংহিতাম্ ।
মুচ্যতে পাতকৈঃ সর্ব্বৈঃ পরাকৈঃ শোধিতস্ত্রিভিঃ ॥ ২৫৯

---

তুরেন্দা ঈরুজরগা "সোমো রুদ্রা ধারয়েথামস্মূর্য্যম্" অসিন-চিংবা ঋক্ মরি অমসুং "অর্য্যমণং বরুণং মিত্রঞ্চ"নচিংবা ঋক্ অহুম অসি থা অমা চুপ্পা অভ্যাস তৌরবদি ( হন্না হন্না পাঠ তৌরবদি ) অরাম্বা পাপতগী কোকই ॥ ২৫৫ ॥

"ইন্দ্রং মিত্রং বরুণমগ্নিং" অসিনচিংবা ঋক্ মন্ত্র ৭ থকপু থা ৬ চুপ্পা জপ তৌজরবদি পাপ তৌবা মীনা পাপ পূম্নমক্তগী কোকই অহুগা ঈশিংদা থী য়ুং লংথবগী পাপনা থা অমা চুপ্পা ভিক্ষা নিহুনা চারগা কোকই ॥ ২৫৬ ॥

দ্বিজনা "দেবকৃতস্য" অসিনচিংবা 'শাকল হোম মন্ত্র' না চহি অমা চুপ্পা ঘিনা হোম তৌরবদি নত্রগা "নম ইন্দ্রশ্চ" অসিনচিংবা ঋক্-মন্ত্র অসি চহি অমা চুপ্পা জপ তৌরবদি মহাপাতককী পাপ পূম্নমক কোকই ॥ ২৫৭ ॥

মহাপাতক তৌবা মীনা চহি অমা চুপ্পা পুক্নিঙ্ চপয়ুংনা ভিক্ষা নিহনা চারগা যণগী মতুংইন্দুনা "পাবমানীঃ" হায়বা ঋক্মন্ত্র অসি হুমিং খুদিঙ্ শোয়বদি হায়রিবা পাপ অহু কোকহনবা ঙম্মী ॥২৫৮॥

নত্রগা পরাক ব্রত ( হুমিং ১২ নি চরা হেন্দুনা তৌবা ব্রত মথল অমা ) অহুম্নক তৌহুনা শেংলোক্লগা ইত্রি খুহুম চন্দুনা

ত্র্যহন্তূপবসেদ্যুক্তস্ত্রিরহ্নোঽভ্যুপয়ন্নপঃ।
মুচ্যতে পাতকৈঃ সর্ব্বৈস্ত্রির্জপিত্বাঘমর্ষণম্ ॥ ২৬০
যথাশ্বমেধঃ ক্রতুরাট্ সর্ব্বপাপাপনোদনঃ।
তথাঘমর্ষণং সূক্তং সর্ব্বপাপাপনোদনম্ ॥ ২৬১
হত্বা লোকানপীমাংস্ত্রীনশ্নন্নপি যতস্ততঃ।
ঋগ্বেদং ধারয়ন্ বিপ্রো নৈনঃ প্রাপ্নোতি কিঞ্চন ॥ ২৬২
ঋক্সংহিতাং ত্রিরভ্যস্য যজুষাং বা সমাহিতঃ।
সাম্নাং বা সরহস্যানাং সর্ব্বপাপৈঃ প্রমুচ্যতে ॥ ২৬৩
যথা মহাহ্রদং প্রাপ্য ক্ষিপ্তং লোষ্ট্রং বিনশ্যতি।
তথা দুশ্চরিতং সর্ব্বং বেদে ত্রিবৃতি মজ্জতি ॥ ২৬৪

---

অচীকপা ঊমংদা মন্ত্রব্রাহ্মণগী মশক ওইবা বেদ-সংহিতাবু অহন্নক অভ্যাস তৌরবদি মহাপাতক পুন্নমক্কী পাপ কোকই ॥ ২৫৯ ॥

হুমিং হুমনি চরা হেন্দুনা পূক্লিঙ্ লাকশিন্দুনা লৈরগা অমুক, হুমিংরুংবা অমদি য়াচঙ্বা মতমদা হুমিং থূদিঙ্গী ঈরুজরগা অঘমর্ষণ-সূক্ত জপ তৌরবদি পাপ পুন্নমক্কী কোকই ॥ ২৬০ ॥

যজ্ঞ পুন্নমক্কী হেল্লবা অশ্বমেধ কৌবা যজ্ঞনা পাপ পুন্নমকপু মাঙহনবগুম্না অঘমর্ষণ-সূক্ত হায়বসিনসু পাপ পুন্নমক মাঙ-হল্লি ॥ ২৬১ ॥

ঋগ্বেদ হৈবা ব্রাহ্মণ অহুদি মরোল অহুম্মকপু মাঙহনবা নত্রগা করিসু বিচার তৌরুবা লৈতনা চানিঙবা মফমদা হেক্কমক চারুবা অসিনচিংবগী পাপ অমত্তনা মঙোন্দা চঙবা ঙমদে ॥ ২৬২ ॥

ব্রাহ্মণনা পূক্লিঙ্ লোঙদনা মন্ত্র ব্রাহ্মণগী মশক ওইরবা ঋগ্বেদ-সংহিতা নত্রগা যজুর্ব্বেদ-সংহিতা নত্রগা সামবেদ-সংহিতাবু উপনিষদ্ য়াওনা অহুম অহুমক্তং পাঠ তৌজবা ওন্নবদি পাপ পুন্নমক লায়না কোকই ॥ ২৬৩ ॥

অচোবা পাংকী ঈশিংদা লংথখিবা লৈতুয়া থুনা তুনহল্না

ঋচো যজূংষি চান্যানি সামানি বিবিধানি চ ।
এষ জ্ঞেয়স্ত্রিবৃদ্বেদো যো বেদৈনং স বেদবিৎ ।। ২৬৫
আদ্যং যৎ ত্র্যক্ষরং ব্রহ্ম ত্রয়ী যস্মিন্ প্রতিষ্ঠিতা ।
স গুহ্যোঽন্যস্ত্রিবৃদ্বেদো যস্তং বেদ স বেদবিৎ ।। ২৬৬

ইতি মানবে ধর্মশাস্ত্রে ভৃগুপ্রোক্তায়াং
সংহিতায়ামেকাদশোঽধ্যায়ঃ ।। ১১ ।।

---

মাঙ্‌খিবগুম বেদ-সংহিতাবু অহুম্রক্‌ পাঠ তৌরবা মী অহুদি পাপ পুম্নমকপু মিংকুপ অমদা মাঙ্‌হল্লি ॥ ২৬৪ ॥

ঋক্‌, যজুঃ অমসুং মথল মথা অয়াম্বা সামবেদগী মন্ত্র পুম্নমকপু "ত্রিবৃৎ-বেদ" হায়না কৌই ; পুম্নমক অসি খঙ্‌বা মী অদুবু বেদ হৈবা হায়না কৌই ॥ ২৬৫ ॥

"অকার, উকার অমসুং মকার" ময়েক অহুম অসিনা তিন্নববু প্রণব কৌই ; অসিগুম্বা ময়েক অহুম্না তিনবা প্রণব অসিনা ( অ, উ, ম=ওঁ ) বেদ পুম্নমক্কী হৌকমনি অমসুং প্রণব অসিদা বেদ অহুম্মক থুপ্তু্না লৈরিবনি। অসিগুম্বা বেদ অহুম্মক্কী মশক ওইবা প্রণব অসিগী মশক্তি য়াম্না হেন্না অথুপ্পনি, মসিবু 'ত্রিবৃদ্বেদ' হায়বা য়াই, কনাগুম্বা মীনা মসিগী মশক, মাগী অর্থ নিঙ্‌থিনা খঙ্‌লবদি, অদুগুম্বা মী অদুবু বেদ হৈবা হায়না কৌই ॥ ২৬৬ ॥

১১ শুবা অধ্যায়গী মৈতৈলোনগী শরুক লোইরে ॥

---

## দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ

চাতুর্ব্বর্ণ্যস্য কৃৎস্নোঽয়মুক্তো ধর্ম্মস্ত্বয়ানঘ।
কর্ম্মণাং ফলনির্ব্বৃত্তিং শংস নস্তত্ত্বতঃ পরাম্‌। ১
স তানুবাচ ধর্ম্মাত্মা মহর্ষীন্‌ মানবো ভৃগুঃ।
অস্য সর্ব্বস্য শৃণুত কর্ম্মযোগস্য নির্ণয়ম্‌॥ ২
শুভাশুভফলং কর্ম্ম মনোবাগ্দেহ সম্ভবম্‌।
কর্ম্মজা গতয়ো নৃণামুত্তমাধমমধ্যমাঃ॥ ৩
তস্যেহ ত্রিবিধস্যাপি ত্র্যধিষ্ঠানস্য দেহিনঃ।
দশলক্ষণযুক্তস্য মনো বিদ্যাৎ প্রবর্ত্তকম্‌॥ ৪

---

ঋষিশিংনা মহর্ষিভৃগু য়েংত্নুনা হায়রকই—হে পাপ চঙ্ত্রবা! নহাক্না ব্রাহ্মণ-নচিংবা বর্ণ মরিমক্কী মথৌ (ধর্ম্ম) গী মরম পুন্নমক তাকপিরে. হুজীক অমুক মপোক অমদা তানশিল্লকপা অক-কত্ত থবক্কী মহে পুন্নমক ঐখোয়দা মরম শেংনা (তত্ত্ব) তাকপিয়ু॥ ১॥

অত্তগী তুংদা মত্তুগী মচানিপা ধর্ম্ম চেল্লবা ভৃগুনা মখোয়দা হায়রকই—"কর্ম্মযোগ পুন্নমক্কী কংলকপা ফলতত্ত্ব (ফলগী মরম অকুপা) অত্ত হায়গে তাবীয়ু॥ ২॥

পূক্নিঙ্‌ হকচাং অমসুং ৱাহৈ-খোনফম্না তৌথিবা, পাঙ্‌খোক-খিবা অফবা-কত্তবা থবক পুন্নমক—থবক থবক অত্তগী মত্তুংইন্না মীওইবনা অফবা, মন্নায় ওইবা অমসুং ফত্তবা গতি হায়রবদি মপোক-কংলকই॥ ৩॥

পূক্নিঙ্‌-হকচাং অমদি ৱাহৈ খোনফমদগী খোক্লিবা অসিগুম্বা অফবা, মন্নায় ওইবা অমদি ফত্তবা হায়রব থবক মথল অহুম অসিমক থন্নায় পানবগী পূক্নিঙ্‌তদগী থোকপনি হায়রবসি থঙ্‌নগদবনি॥ ৪॥

কর্ম্ম (থবক) মথল অহুমক অসিদা মথাগী লক্ষণ ১০ অসি-তনা লৈ॥ ৪॥

পরদ্রব্যেষ্বভিধ্যানং মনসানিষ্টচিন্তনম্।
বিতথাভিনিবেশশ্চ ত্রিবিধং কর্ম্ম মানসম্॥ ৫
পারুষ্যমনৃতঞ্চৈব পৈশুন্যঞ্চাপি সর্ব্বশঃ।
অসম্বদ্ধপ্রলাপশ্চ বাঙ্ময়ং স্যাচ্চতুর্ব্বিধম্॥ ৬
অদত্তানামুপাদানং হিংসা চৈবাবিধানতঃ।
পরদারোপসেবা চ শারীরং ত্রিবিধং স্মৃতম্॥ ৭
মানসং মনসৈবায়মুপভুঙ্‌ক্তে শুভাশুভম্।
বাচা বাচাকৃতং কর্ম্ম কায়েনৈব চ কায়িকম্॥ ৮
শরীরজৈঃ কর্ম্মদোষৈর্যাতি স্থাবরতাং নরঃ।
বাচিকৈঃ পক্ষিমৃগতাং মানসৈরন্ত্যজাতিতাম্॥ ৯

---

করম তৌরগা মীগী মপোৎ চুমদনা লৌশিগে—অস্তুম্না থনবা, পূক্নিঙ্‌না মীগী মাঙ্‌নবা য়াথল থনবা, লাইরমলেন হায়বা অমা অমুক লৈবা নত্তে—আত্মা হায়বদি ঐগী ইশা অসিমক্নি অস্তুম হায়না ওইদবা য়াথলদা পূক্নিঙ্ থিংজিনবা,—অসিগুম্বা ফত্তবা মথল অহুম থোকহল্লিবা য়াথল অসি পূক্নিঙ্‌তগী থবক্নি ॥ ৫ ॥

য়াঙাঙ্ তুংশিদবা, ওইদবা ঙাঙ্‌বা, মীবু মতুংদা ফত্তবা হায়বা নিংথৌগী লৈবাক অমদি মাগী কোন্নুংনচিংবগী মরমদা কায়দবা নাত্তে চাদবা য়া ঙাঙ্‌বা—ফত্তবা মথল মরি অসিনা য়াঙাঙ্‌দগী থোকপনি ॥ ৬ ॥

মীনা পীদবা পল লৌবা, শাস্ত্রনা য়াদবা হিংসা তৌবা, মীগী নূপী হল্লানবা—অসিগুম্বা ফত্তবা থোকহনবা মরম অহুম অসিনা হকচাংদগী থোকপা থবকনি খঙ্‌গনি ॥ ৭ ॥

পূক্নিঙ্‌না তৌবা অফব-ফত্তবা থবকী অরাবা তুংঙাইবা অনিমক পূক্নিঙ্‌তনা অতুম্মক ফংবগুম অফবা ফত্তবা য়াহৈ-থোনকমগী মহৈসু য়াহৈনা অতুপা হকচাংনা তৌখিবা অফবা ফত্তবা থবকী অরা-তুংঙাইসু হকচাং অহুনা অতুম্মক মকথৈ ॥ ৮ ॥

হকচাংনা তৌবা থবকী দোষ য়ামা লৈমনবদি মীওইবনা

বাগ্দণ্ডোঽথ মনোদণ্ডঃ কায়দণ্ডস্তথৈব চ।
যস্যৈতে নিহিতা বুদ্ধৌ ত্রিদণ্ডীতি স উচ্যতে॥ ১০
ত্রিদণ্ডমেতন্নিক্ষিপ্য সর্ব্বভূতেষু মানবঃ।
কামক্রোধৌ তু সংযম্য ততঃ সিদ্ধিং নিযচ্ছতি॥ ১১
যোঽস্যাত্মনঃ কারয়িতা তং ক্ষেত্রজ্ঞং প্রচক্ষতে।
যঃ করোতি তু কর্ম্মাণি স ভূতাত্মোচ্যতে বুধৈঃ॥ ১২
জীবসংজ্ঞোঽন্তরাত্মান্যঃ সহজঃ সর্ব্বদেহিনাম্।
যেন বেদয়তে সর্ব্বং সুখং দুঃখঞ্চ জন্মসু॥ ১৩

---

লেঙ্-ওংপা ওমদবা উ-য়ানচিংবা ওইরকই, য়াহৈ-য়াতাগী দোষনা য়ামশিন্নরুগা শা-উচেক ওইনা পোকই অহুগা পুক্নিঙ্না ভোবা থবকী দোষনা য়ামশিন্নরুগনা চণ্ডালনচিংবগী মপোক্তা পোকই ॥ ৯ ॥

বাগ দণ্ড ( য়াহৈ-য়াতাগী দণ্ডি ) মনোদণ্ড ( পুক্নিঙ্গী দণ্ডি ), অমসুং কায়দণ্ড ( হকচাংগী দণ্ডি )—অসিগুম্বা চৈয়াক অহুম অসি মী অমুগী মপুক্নিঙ্দা লৈরবদি হায়বদি পুক্নিঙ্-হকচাং অমসুং য়াহৈ-খোনজমগী মনিঙ্ ভোবা কক্না মপুক্নিঙ্ য়াম্রকপা ওম্বা মী অমুদি 'ত্রিদণ্ডী' ( য়ারক অহুম লোইবা মী ) হায়না কৌই ॥ ১০ ॥

অপাম্বা অমসুং অশাউবা কাজিন্দুনা থরায় পানবা পুন্নমকী মফমদা য়ারক অহুম অসিবু মতিক চানা শীজিন্নরবদি মী অমু শায়না সিদ্ধি ( মহৈ য়ানবা ) ফংই ॥ ১১ ॥

অসিগুম্বা মীওইবগী হকচাং অসিবু অফবা থবক্তদা মায়পুন-হনবা মী অমুবু 'ক্ষেত্রজ্ঞ' ( মশাগী মশক খঙ্জবা মী ) হায়না কৌই অমুগা অদুগুম্বা থবক্তদা মায়ওনশিন্নবা হকচাং অদুবুনা পণ্ডিতশিংনা 'ভূতাত্মা' ( পৃথিব্যাদিভূতারব্ধত্বাৎ ) হায়না খঙ্লৈ ॥ ১২ ॥

অসিগুম্বা ভূতাত্মা ( হকচাং ) অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ অসি নত্তবা জীব হায়না খঙ্নবা অতোপ্পা অন্তরাত্মা ( থুংগী থরায় ) অমা লৈরি। মহাক অসিদি ক্ষেত্রজ্ঞ পুন্নমকা লোয়নবা পোকপনি;

তাবুভৌ ভূতসম্পৃক্তৌ মহান্ ক্ষেত্রজ্ঞ এব চ।
উচ্চাবচেষু ভূতেষু স্থিতং তং ব্যাপ্য তিষ্ঠতঃ॥ ১৪
অসংখ্যা মূর্ত্তয়স্তস্য নিষ্পতন্তি শরীরতঃ।
উচ্চাবচানি ভূতানি সততং চেষ্টয়ন্তি যাঃ॥ ১৫
পঞ্চভ্য এব মাত্রাভ্যঃ প্রেত্য দুষ্কৃতিনাং নৃণাম্।
শরীরং যাতনার্থীয়মন্যদুৎপদ্যতে ধ্রুবম্॥ ১৬
তেনানুভূয় তা যামীঃ শরীরেণেহ যাতনাঃ।
তাস্বেব ভূতমাত্রাসু প্রলীয়ন্তে বিভাগশঃ॥ ১৭

---

মাগী মপাম্না ক্ষেত্রজ্ঞ পূরনক্না মপোক মপোক থুকিঙ্দা অরাবা অমম্মুং মুংতাইবা থঙ্জিনবনি॥ ১৩॥

অসিগুম্বা থ্বায়দগী হেনবা হায়বদি জীব হায়রনা, থঙ্লকা মহত্তত্ত্ব (সাংখ্যগী মত মতুংইন্না লেপ্লা তত্ত্ব ২৪ গী মতুংদা অনিশুবা তত্ত্ব পা) ক্ষেত্রজ্ঞনা অনি অসিনা পৃথিবীনচিংবা পঞ্চভূতকা তিন্নরে অমম্মুং মখোয়না অকবা ফত্তবা জীব পূরনক্তা তাম্থোইবীরিবা পরমাত্মাদা আশ্রয় তৌদুনা (শেগা তাংদুনা) লৈনরে॥ ১৪॥

অদুগুম্বা পরমাত্মা অদুদগী মৈরীক-কুম্না মশীং লাকপমত্রবা জীব মরাম থোরক্লনা অকবা ফত্তবা যোনিদা (পোকফমদা) চঙ্দুনা লৈনরগা মথক মথা অমাম্বা দেহবু (হকচাংবু) মাগী মাগী মথৌ তৌননবা থাদোক্লকই—অদুগুম্বা মখোয় অদুবু ক্ষেত্রজ্ঞ হায়রিবসিনি॥ ১৫॥

ফত্তবা থবক তৌবা তাইবঙ্ মীশিংনা পঞ্চভূতকী অংশদগী (তন্মাত্রগী) জরায়ু (গর্ভ) নচিংবদগী পোকপা অসিগুম্বা হকচাং অসি নত্তবা অরাবা থাঙ্হৈবা অতোপ্পা হকচাং অমা ওইনম্মু অরাবা থাঙ্লুনবগীদমক পরলোকতা (শিরগা কংবা অতোপ্পা লোক অমদা) অমুক পোক্লুই॥ ১৬॥

ফত্তবা থবক তৌবা জীব থুদিঙ্মক্না অসিগুম্বা, পরলোকতা কংলুবা হকচাংশিং অসিনা যমনা ওংপা নৈবগী অরাবা পূরনক

সোঽনুভূয়াসুখোদর্কান্ দোষান্ বিষয়সঙ্গজান্।
ব্যপেতকল্মষোঽভ্যেতি তাবেবোভৌ মহৌজসৌ ॥ ১৮
তৌ ধর্মং পশ্যতস্তস্য পাপঞ্চাতন্দ্রিতৌ সহ।
যাভ্যাং প্রাপ্নোতি সম্পৃক্তঃ প্রেত্যেহ চ সুখাসুখম্ ॥ ১৯
যদ্যাচরতি ধর্মং স প্রায়শোঽধর্মমল্পশঃ।
তৈরেব চাবৃতো ভূতৈঃ স্বর্গে সুখমুপাশ্নুতে ॥ ২০
যদি তু প্রায়শোঽধর্মং সেবতে ধর্মমল্পশঃ।
তৈর্ভূতৈঃ স পরিত্যক্তো যামীঃ প্রাপ্নোতি যাতনাঃ ॥ ২১

---

খাণ্ডুরগা অমুক হয়া, হকচাং শাগংপা পঞ্চভূতকী শরীরতা তিন্দুনা লৈরৈ ॥ ১৭ ॥

হকচাং মপুংদা থুগ্গুনা লৈরিবা জীবনা অসুখ মশক মগুন্ নাইহুনা শোকহৈ শয়হৈদবনচিংবা শব্দ-স্পর্শ রূপ-রস-গন্ধনচিংবা বিষয়শিংগা শয়-শোকুবনচিংবা তৌরবগী দোষনা যম লৈবাক্তা অরাবনচিংবা খাণ্ডুরগা, মতুংগী খাণ্ডবা হোনবা মতম লোইরবদা পাপ পুন্নমক কোক্তুনা মথক্তা হায়রবা মহৎ অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ অনি অসিদা অমুক হয়া আশ্রয় তৌরে হায়রবদি চঙলকই ॥ ১৮ ॥

মহৎ অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ অনি অসিনা পোথাবা লৈতনা জীবগী ধর্মাধর্ম বিচার তৌহুনত্তা লৈ অমসুং অসিগুম্বা ধর্ম, অধর্ম অসিগী মতুংইয়া জীবনা মীরমলেন লাইরমলেন অনিমক্তা অরাবা অমসুং নুংঙাইবা ফংই ॥ ১৯ ॥

অসিগুম্বা জীব অসিনা মীওইনা পোক্লরবা মপোক্তা ধর্ম য়াম্না তৌরগা অধর্ম ( পাপ ) মা খজীক্তমক তৌরবদি পৃথিবীনচিংবগী কৃপাগ্রবা ভূতশিংনা হকচাং ওইহুনা লাইরমলেন্দা নুংঙাইবা ফংলুই ॥ ২০ ॥

অদুগা মীওইনা পোক্লরবা জীব অদুনা অধর্মনা য়েম্না তৌরগা ধর্মদা খজীক্তমক তৌরবদি মীওইবা হকচাং অনি থাদোক্লরবদা মথক্তা হায়রবা কৃপগ্রবা পৃথিবীনচিংবা ভূতশিংনা অরাবা যন্ত্রণা

তত্র যৎ প্রীতিসংযুক্তং কিঞ্চিদাত্মনি লক্ষয়েৎ।
প্রশান্তমিব শুদ্ধাভং সত্ত্বং তদুপধারয়েৎ ॥ ২৭
যত্তু দুঃখসমাযুক্তমপ্রীতিকরমাত্মনঃ।
তদ্রজোঽপ্রতিপং বিদ্যাৎ সততং হারি দেহিনাম্ ॥ ২৮
যত্তু স্যান্মোহসংযুক্তমব্যক্তং বিষয়াত্মকম্।
অপ্রতর্ক্যমবিজ্ঞেয়ং তমস্তদুপধারয়েৎ ॥ ২৯
ত্রয়াণামপি চৈতেষাং গুণানাং যঃ ফলোদয়ঃ।
অগ্র্যো মধ্যো জঘন্যশ্চ তং প্রবক্ষ্যাম্যশেষতঃ ॥ ৩০
বেদাভ্যাসস্তপো জ্ঞানং শৌচমিন্দ্রিয়নিগ্রহঃ।
ধর্মক্রিয়াত্মচিন্তা চ সাত্ত্বিকং গুণলক্ষণম্ ॥ ৩১

---

আত্মানা পেম্ননিংঙাই ওইবা মওঙ্ কোঙ্দোম্লক্লিবা তশেং-তশেংবা অমদি ঈংলবা ভাব ফংহনবা অহুগুম্বা মশক অদুবু সত্ত্বনি হায়না খঙ্নগনি ॥ ২৭ ॥

অরাবনা তিনবা অমদি আত্মানা পেন্দনবা মশক ওইবা অহুগা হকচাং পুরিবা জীববু বিষয়গী অপাম্বা পোকহল্লিবা, লাক্ক-ক্যানবা য়াদবা অহুগুম্বা গুণ অদুবুনা রজঃ হায়না কৌই ॥ ২৮ ॥

অফবা কত্তবা মশক খঙ্দবা, চনৈ-থনৈনবা (শেংদবা), বিষয়াগী মশক ওইবা হায়কম-তৌকম খঙ্দবা মতৌ অদুবু তমঃ হায়না কৌই ॥ ২৯ ॥

অসিগুম্বা গুণ অসিনা মথংশিংদা অকবা, ময়াম ওইবা অমসুং ফত্তবা (উত্তম, মধ্যম, অধম) ফল কংহনবা অহুগী মরমদা শন্দোক্না হায়রক্লে ॥ ৩০ ॥

বেদ তম্বা, তপ তৌবা, জ্ঞান তানবা, ইন্দ্রি থুহম চনবা, ধর্মগী শরক তৌবা অমসুং ঈশ্বরবু ধ্যান তৌবা—পুম্নমক অসিনা লক্ষণগী খরনি ॥ ৩১ ॥

আরম্ভরুচিতাহধৈর্য্যমসৎকার্য্যপরিগ্রহঃ।
বিষয়োপসেবা চাজস্রং রাজসং গুণলক্ষণম্ ॥ ৩২
লোভঃ স্বপ্নোহধৃতিঃ ক্রৌর্য্যং নাস্তিক্যং ভিন্নবৃত্তিতা।
যাচিষ্ণুতা প্রমাদশ্চ তামসং গুণলক্ষণম্ ॥ ৩৩
ত্রয়াণামপি চৈতেষাং গুণানাং ত্রিষু তিষ্ঠতাম্।
ইদং সামাসিকং জ্ঞেয়ং ক্রমশো গুণলক্ষণম্ ॥ ৩৪
যৎকর্ম কৃত্বা কুর্ব্বংশ্চ করিষ্যংশ্চৈব লজ্জতি।
তজ্জ্ঞেয়ং বিদুষা সর্ব্বং তামসং গুণলক্ষণম্ ॥ ৩৫
যেনাস্মিন্ কর্ম্মণা লোকে খ্যাতিমিচ্ছতি পুষ্কলাম্।
ন চ শোচত্যসম্পত্তৌ তদ্বিজ্ঞেয়ন্তু রাজসম্ ॥ ৩৬

---

মহৈ ফংননবগীদমক থবক তৌগনবা, থজীক্তং ফংনবগীদমকস্ত পূক্নিঙ হেক্তমক চুমদবা, তৌহৈদবা থবক তৌবা অমস্তং মশীং খঙদনা বিষয় ফংননবা হোৎনবা—অসি পূম্নমক অসিনা রজোগুণগী থবকনি ॥ ৩২ ॥

শেল য়াম্না লৈনিঙবা, তূম্নিঙগনবা, ইকিং ফিংগৎপা, লৌনম চাউবা, ঈশ্বর থাজদবা, মরম চাদনা বৃত্তি লৌবা ( শেল চাবনচিংবা), হায়জ-চৎচ-হৈনবা অমদি কাউগন-খোৎকনবা,—পূম্নমক অসিনা তমোগুণগী থবক্নি ॥ ৩৩ ॥

ভূত, ভবিষ্যৎ অমস্তং বর্ত্তমান ( হৌখ্রবা. ওইরক্কদবা অমস্তং ওইরিবা ) মতম অহুম অসিদা ওইবা সত্ত্ব, রজঃ অমস্তং তমঃ হায়বা গুণ অহুম অসিগী থবকশিং অতু শম্নপা হায়রকে তাবীয়ু ॥ ৩৪ ॥

করিগুম্বা থবক অমা তৌগে হোৎনরকপদা, তৌবা মতমদা অমস্তং তৌবা লোইশ্রবদা ইকাইবা ইনংত-মনংবা অহুগুম্বা থবক অদুবু পণ্ডিতশিংনা তামস গুণগী মতৌনি হায়রৈ ॥ ৩৫ ॥

মীয়মলেন অসিদা মিংচৎ হেন্না লৈবা পামহুনা তৌরবা থবক অমদি নিঙথিনা পাঙথোকপা ঙমত্রবমকস্তু মহুনা পুক্নিঙ

যৎ সর্ব্বেণেচ্ছতি জ্ঞাতুং যন্ন লজ্জতি চাচরন্।
যেন তুষ্যতি চাত্মাস্য তৎ সত্ত্বগুণলক্ষণম্ ॥ ৩৭
তমসো লক্ষণং কামো রজসস্ত্বর্থ উচ্যতে।
সত্ত্বস্য লক্ষণং ধর্ম্মঃ শ্রৈষ্ঠ্যমেষাং যথোত্তরম্॥ ৩৮
যেন যাংস্তু গুণেনৈষাং সংসারান্ প্রতিপদ্যতে।
তান্ সমাসেন বক্ষ্যামি সর্ব্বস্যাস্য যথাক্রমম্ ॥ ৩৯
দেবত্বং সাত্ত্বিকা যান্তি মনুষ্যত্বঞ্চ রাজসাঃ।
তির্য্যক্ত্বং তামসা নিত্যমিত্যেষা ত্রিবিধা গতিঃ ॥ ৪০

---

অয়াবদি ফাওজনবা অতুঙ্গা থবক—অমুক রাজস হায়বা গুণগী মতৌনি খঙ্গনি ॥ ৩৬ ॥

য়াম্না চেকশিন্না হোংনহনা জ্ঞান তাম্মনবা ওইবা অহুগুম্বা থবক, অহুগা মহু ভৌরুবগীদমক কৈদৌঙৈদম্ম ঈকাইখৌংঙাই ওইদবা অহুগা মহু ভৌরগা থম্মায়গী পেপ্পবা ওইবা অহুগুম্বা থবক অদুবুনা সত্ত্বগুণগী থবক্নি খঙ্গনি ॥ ৩৭ ॥

কাম ( অপাম্বা ) নাং হেনবা মতৌদি তমোগুণগী লক্ষণনি, অর্থ ( ওইজ-ওইথক তানবা ) না মরু ওইবা মতৌ অহুনা রজো-গুণগী লক্ষণনি অহুগা ধর্ম্মনা মপুং ওইবা মতৌনা সত্ত্বগুণগী লক্ষণনি। থবকশিং অসিগী মরক্তা মথং মথংনা অস্থম ফবা হেন্নি হায়বদি কামদগী অর্থ, অর্থদগী ধর্ম্মনা অহেনবনি ॥ ৩৮ ॥

গুণ অহুম অসিগী মহুংদা অমমমনা জীব পানববু করম করম্বা গতি ( ফিবম, মতৌ ) ফংহনবগে হায়বম্ব শম্নপা হায়রক্কে ॥ ৩৯ ॥

সাত্ত্বিক ওইবা মীনা লাইমক ওইবা মপোক ফংই, রাজসিক ওইবনা মীওইবা মপোক ফংই অহুগা তামসিক গুণ চেনবা মীনা শা-উচেক ওইবা মপোক ফংই—তাঙ্গবস্ত মীনা অসিগুম্বা মপোক অহুম অসি ফংনৈ ॥ ৪০ ॥

ত্রিবিধা ত্রিবিধৈষা তু বিজ্ঞেয়া গৌণিকী গতিঃ ।
অধমা মধ্যমাগ্র্যা চ কর্ম বিদ্যাবিশেষতঃ ॥ ৪১
স্থাবরাঃ কৃমিকীটাশ্চ মৎস্যাঃ সর্পাঃ সকচ্ছপাঃ ।
পশবশ্চ মৃগাশ্চৈব জঘন্যা তামসী গতিঃ ॥ ৪২
হস্তিনশ্চ তুরঙ্গাশ্চ শূদ্রা ম্লেচ্ছাশ্চ গর্হিতাঃ ।
সিংহা ব্যাঘ্রা বরাহাশ্চ মধ্যমা তামসী গতিঃ ॥ ৪৩
চারণাশ্চ সুপর্ণাশ্চ পুরুষাশ্চৈব দাম্ভিকাঃ ।
রক্ষাংসি চ পিশাচাশ্চ তামসীষূত্তমা গতিঃ ॥ ৪৪
ঝল্লা মল্লা নটাশ্চৈব পুরুষাঃ শস্ত্রবৃত্তয়ঃ ।
দ্যূত-পানপ্রসক্তাশ্চ জঘন্যা রাজসী গতিঃ ॥ ৪৫

---

অসিগুম্বা সত্ত্বগুণনচিংবা গুণ অহুম্মক্তা ফংহনবা হায়রিবা গতি মখল অহুম অসিদা অমুক মকম মতম খেয়বা মতুংইন্না, তাইবঙ্-পানবদা মানা মানা তৌনবা থবক মতৌ খেয়বনা অমসুং অকবা কত্তবা জ্ঞানগী মরমসু খেয়বদা উত্তম, মধ্যম, অধম ( অকবা, ময়ায় ওইবা অমসুং ফত্তবা )—অসুম্না ৩ । ৩ অমুক থায়দোকলি ॥ ৪১ ॥

উ-ৱানচিংবা লেঙদবা পোৎ, তীল, কোজেঙ্, ঙা, লিন, খেংগু, শাহিং চাবা শা অমসুং শজি—মখোয় পুম্নমক অসিনা তমোগুণদগী পোকপনি—মসিবু জঘন্যগতি ( অত্তোনবা মপোক ) কৌই ॥ ৪২ ॥

শগোল, শামু, শূদ্র, হংগোইনকম ওইরবা ম্লেচ্ছ, নোংশা, কৈ অমসুং ওক মখোয় অসিনা তমোগুণদগী পোকপা ময়ায় ওইবা গতিনি ॥ ৪৩ ॥

জগোই ঈশৈ তৌবা জাত, উচেক, নাপলনা মখোই কাবা কিপা, হিংচাবা অমসুং পিশাচ ( ভূতলাই )—মখোয় অসিনা তমো-গুণনা পোকপদগীদি উত্তমনি ( অকবনি ) ॥ ৪৪ ॥

॥ আত্তু ওইবা কেজিনা বর্ণ মায়রী, পূর্ণিদা পোকপা, চৈহুপ উবুপ শায়হনা লান তৌনবা বস্ত্র-জাতি হাতনা খু্জুবা, [illegible]

রাজানঃ ক্ষত্রিয়াশ্চৈব রাজ্ঞশ্চৈব পুরোহিতাঃ।
বাদযুদ্ধপ্রধানাশ্চ মধ্যমা রাজসী গতিঃ ॥ ৪৬

গন্ধর্বা গুহ্যকা যক্ষা বিবুধানুচরাশ্চ যে।
তথৈবাপ্সরসঃ সর্বা রাজসীষূত্তমা গতিঃ ॥ ৪৭

তাপসা যতয়ো বিপ্রা যে চ বৈমানিকা গণাঃ।
নক্ষত্রাণি চ দৈত্যাশ্চ প্রথমা সাত্ত্বিকী গতিঃ ॥ ৪৮

যজ্বান ঋষয়ো দেবা বেদা জ্যোতীংষি বৎসরাঃ।
পিতরশ্চৈব সাধ্যাশ্চ দ্বিতীয়া সাত্ত্বিকী গতিঃ ॥ ৪৯

---

মচা-মশু, পাঙ্খোম পাম্মোম পায়নহুনা লান শোন্নবা লল্লনাত্তি ( মল তৌবা মী ), জগোই শৈশে তৌবা, থৃংনাই পাগহুনা হিংনবা মী, অার শানবা মী, যু থকপা মী—মখোয় অসি রজোগুণদগী লোকপা অধম্মবা মখলগী গতিনি ॥ ৪৫ ॥

নিংথৌ, ক্ষেত্রি, নিংথৌগী পুরোহিত, শাস্ত্রার্থ তৌনহুনা মী থৎনগনবা মী,—মখোয় অসিনা রজোগুণদগী ওইবা মধ্যম গতিনি ॥ ৪৬ ॥

গন্ধর্ব, গুহ্যক ( যক্ষগী মনাইশিং ), যক্ষ, লাইগী মনাইশিং, বিদ্যাধর অমসুং অপ্সরা মখোয় অসিনা রজোগুণদগী লোকপা কাঙ্বুদা উত্তম গতিনি ( অফবা মপোকনি ) ॥ ৪৭ ॥

বানপ্রস্থ আশ্রমদা লৈবা মী, সন্ন্যাস ওইবা মী, ব্রাহ্মণ, পুষ্পকনচিংবা রথ তোংহুনা চৎপা কাঙ্বু, থরাম্মীচাকশিং অমদি দৈত্যশিং মখোয় অসিনা সত্ত্বগুণগী মখুংদা অধমগতি ( অতোনবা কাঙ্বু ) নি ॥ ৪৮ ॥

যাগ যজ্ঞ তৌহুনতা লৈবা মীওই, ঋষি, দেবতা ( লাই ), বেদ হৈবা কাঙ্বু, বিগ্রহধারী দেবতা ( মশক নাইবা লাই ), ঞ্জবনচিংবা অমাওবা নক্ষত্রশিং, বৎসরশিং ( চহি পুবা লাই ), সোমপানচিংবা পিতৃশিং, সাধ্যশিং ( গণদেবতাশিং )—মখোয় অসিনা সত্ত্বগুণদগী ওইরিবগী মরক্তা মধ্যমগতিনি ( মরাক ওইনা কননি ) ॥ ৪৯ ॥

ব্রহ্মা বিশ্বসৃজো ধর্ম্মো মহানব্যক্তমেব চ।
উত্তমাং সাত্ত্বিকীমেতাং গতিমাহুর্মনীষিণঃ ॥ ৫০
এষ সর্ব্বঃ সমুদ্দিষ্টস্ত্রিপ্রকারস্য কর্ম্মণঃ।
ত্রিবিধস্ত্রিবিধঃ কৃৎস্নঃ সংসারঃ সার্ব্বভৌতিকঃ ॥ ৫১
ইন্দ্রিয়াণাং প্রসঙ্গেন ধর্ম্মস্যাসেবনেন চ।
পাপান্ সংযান্তি সংসারানবিদ্বাংসো নরাধমাঃ ॥ ৫২
যাং যাং যোনিন্তু জীবোঽয়ং যেন যেনেহ কর্ম্মণা।
ক্রমশো যাতি লোকেঽস্মিংস্তত্তৎ সর্ব্বং নিবোধত ॥ ৫৩
বহূন্ বর্ষগণান্ ঘোরান্ নরকান্ প্রাপ্য তৎক্ষয়াৎ।
সংসারান্ প্রতিপদ্যন্তে মহাপাতকিনস্ত্বিমান্ ॥ ৫৪

---

ব্রহ্মা মরীচিনচিংবা প্রজাপতিশিং, বিগ্রহধারী ধর্ম্ম (মশক নাইবা ধর্ম্ম), মহত্তত্ত্ব অমসুং অব্যক্ত (কন্দর্প)—মখোয় অসিনা সত্ত্বগুণনা মরম ওইবা উত্তম গতিগী ফলনি—মসি মুনিশিংনা হায়বনি ॥ ৫০ ॥

পূক্নিঙ্, হকচাং অমসুং রাহৈগী মশক ওইবা সাধন মথল অহুম গুবনা সত্ত্ব, রজ, তম হায়না কর্ম্মগীসু মথল অহুম থোকলি—মতুংসু অমুক ফত্তবা, ময়াই ওইবা অমসুং অফবা হায়না মথল অহুম অমুক থোক্লি—অসিগুম্বা থরায় পানবশিংনা ফংনবা হৌনবা তোপ-তোপ্পা গতিগী মথল পূম্নমক মপুং ফানা নখোয়দা হায়রবাসিনি ॥ ৫১ ॥

ইন্দ্রিনা পেন্নবা থবক্তমক তৌনবনা অমদি প্রায়শ্চিত্তনচিংবদি শক তৌনদবনা অপঙবা অস্তোনবা মীশিংনা হংগোইনফম থোক্লবা ফত্তবা গতিশিং ফংনৈ ॥ ৫২ ॥

অসিগুম্বা জীব অসিনা তাইবঙ মীয়মলেন অসিদা তৌবা থবক মথল মথলশিং অচৌগী মহৈনা করম করম্বা যোনি (মপোক) ফংলকপগে হায়বসু নখোয়দা শন্দোক্না হায়গে তাবীয়ু ॥ ৫৩ ॥

ব্রাহ্মণ হাৎপনচিংবা মহাপাতক তৌরবা মীশিংনা চহি মতম কুইনা, অকিবগী মশক ওইরবা নরকতা অরাবা থাওনবা তুংদা পাপ কোক্লগা অমাগী মপোকশিং মসি ওইনা অমুক পোক্লকই ॥ ৫৪ ॥

শ্ব-শূকর-খরোষ্ট্রাণাং গোঽজাবি-মৃগ-পক্ষিণাম্ ।
চণ্ডাল-পুক্কসানাঞ্চ ব্রহ্মহা যোনিমৃচ্ছতি ॥ ৫৫
কৃমিকীটপতঙ্গানাং বিড়্ভুজাঞ্চৈব পক্ষিণাম্ ।
হিংস্রাণাঞ্চৈব সত্ত্বানাং সুরাপো ব্রাহ্মণো ব্রজেৎ ॥ ৫৬
লূতাহি-শরটানাঞ্চ তিরশ্চাঞ্চাম্বুচারিণাম্ ।
হিংস্রাণাঞ্চ পিশাচানাং স্তেনো বিপ্রঃ সহস্রশঃ ॥ ৫৭
তৃণ-গুল্ম-লতানাঞ্চ ক্রব্যাদাং দংষ্ট্রিণামপি ।
ক্রূরকর্মকৃতাঞ্চৈব শতশো গুরুতল্পগঃ ॥ ৫৮
হিংস্রা ভবন্তি ক্রব্যাদাঃ কৃময়োঽভক্ষ্য ভক্ষিণঃ ।
পরস্পরাদিনঃ স্তেনাঃ প্রেতান্ত্যস্ত্রীনিষেবিণঃ ॥ ৫৯

---

ব্রাহ্মণ হাৎপশিংনা— হুই, গুক, গাধা, উট, যণ, হামেঙ্, য়াউ, শজি, উচেক, চণ্ডাল অমসুং চাঁড়াল ( চণ্ডালগী জাৎ অমা ) —অসিনচিংবা ওইনা পোকই ॥ ৫৫ ॥

য়ুথকপা ব্রাহ্মণনা—হল, তীল, কৌজেঙ্, খী চাবা উচেক ( কাক্কচিংবা ) অমসুং হিংসা তৌবা শা-নচিংবা ওইনা পোকই ॥৫৬॥

সনা হুবানবা ব্রাহ্মণনা—মি (তীল), লিন, চুম্নচিংবা, ঈশিংগী জীব অমসুং হিংসানা মথৌ ওইবা পিশাচনচিংবগী মপোক্তা লাশীং লীশীংলক হন্না পোকই ॥ ৫৭ ॥

গুরুগী নুপী হুল্লাল্লুবনা—নাপী-শীংবী, উপাল মচা, উরী, শাহিং চাবা শা, মচি পানবা শা—নোংশানচিংবা অমসুং মতাং চাউবা কৈনচিংবা শা ওইনা ১০০ । ১০০ রক হন্না পোকই ॥ ৫৮ ॥

থরায় পানবা হাৎকমবা মীওইশিংদি শিবগা শাহিং চাবা শাগী জাৎ ওইনা পোকলুই । চাহৈদবা পোৎ চাবা মীশিংনা হল ওইনা পোকই ; হুরানবশিংনা মহৈ মহৈ মশা শেগায়নহুনা চানবা জীব ওইনা পোকই অহুগা চণ্ডাল নিডোলনচিংবগা তিন্নরুবা মীশিংনা প্রেত ওইনা পোকই ॥ ৫৯ ॥

সংযোগং পতিতৈর্গত্বা পরস্যৈব চ যোষিতম্।
অপহৃত্য চ বিপ্রস্বং ভবতি ব্রহ্মরাক্ষসঃ॥ ৬০
মণি মুক্তা-প্রবালানি হৃত্বা লোভেন মানবঃ।
বিবিধানি চ রত্নানি জায়তে হেমকর্তৃষু॥ ৬১
ধান্যং হৃত্বা ভবত্যাখুঃ কাংস্যং হংসো জলং প্লবঃ।
মধু দংশঃ পয়ঃ কাকো রসং শ্বা নকুলো ঘৃতম্॥ ৬২
মাংসং গৃধ্রো বপাং মদ্গুস্তৈলং তৈলপকঃ খগঃ।
চীরীবাকস্তু লবণং বলাকা শকুনির্দধি॥ ৬৩
কৌষেয়ং তিত্তিরির্হৃত্বা ক্ষৌমং হৃত্বা তু দর্দুরঃ।
কার্পাসতান্তবং ক্রৌঞ্চো গোধা গাং বাগ্গুদো গুড়ম্॥৬৪

---

জাং তাবা মীপা তিন্নবা, মীগী নূপী হুল্লানবা অমসুং ব্রাহ্মণগী মরল হুরানবা—মখোয় অসিনা মতুংগী মপোক্তা ব্রহ্মরাক্ষস ( ভূত মখল অমা ) ওইনা পোকই॥ ৬০॥

মীগী মপোৎ পামহুনা মণি, মুক্তা, পোহাল ( প্রবাল ) অমদি মখল-মখা অয়াম্বা রত্নশিং হুরানবা মী অহুদি মপোক অমদা সনা শাবা মী ওইনা পোকই॥ ৬১॥

কৌ হূরাল্লবদি—উচি, শেঙ্গং হুবনা কাংজা, ঈশিং হুবনা প্লব (ওারাকপীগুম্বা উচেক অমা) কোবা উচেক অহু ওইনা, খোইহী হুরানবনা—দংশ ( হয়িংখোই ) শংগোম হুবনা কাক, রসকী (অথুম অমারুচিংবা মহাউ চেনবা) পোং হুবনা হুই অমসুং ঘি হুবনা খৈরোম ওইনা পোকই॥ ৬২॥

শা হুবনা লাংজা, চর্ব্বিগী জাং ( মহাউগী জাং ) হুবনা পান-কৌড়ি কোবা ঈশিংগী উচেক, থাউ হুবনা খয়ুম ( আরশুলা ) থুম হুবনা হারো (চীরীবাক), শংগোম-অকম্বা হুবনা উরোক ওইনা পোকই॥ ৬৩॥

মুগা ফি হুবনা উরেংকোম্বো, শামতু ফি হুবনা হরোইং লাইই

ছুছুন্দরিঃ শুভান্ গন্ধান্ পত্রশাকন্তু বর্হিণঃ।
শ্বাবিৎ কৃতান্নং বিবিধমকৃতান্নন্তু শল্যকঃ॥ ৬৫
বকো ভবতি হৃত্বাগ্নিং গৃহকারী হ্যপস্করম্।
রক্তানি হৃত্বা বাসাংসি জায়তে জীবজীবকঃ॥ ৬৬
বৃকো মৃগেভং ব্যাঘ্রোঽশ্বং ফলমূলন্তু মর্কটঃ।
স্ত্রীমৃক্ষস্তোককো বারি যানান্যুষ্ট্রঃ পশূনজঃ॥ ৬৭
যদ্বা তদ্বা পরদ্রব্যমপহৃত্য বলান্নরঃ।
অবশ্যং যাতি তির্য্যক্ত্বং জগ্ধ্বা চৈবাহুতং হবিঃ॥ ৬৮
স্ত্রিয়োঽপ্যেতেন কল্পেন হৃত্বা দোষমবাপ্নুয়ুঃ।
এতেষামেব জন্তূনাং ভার্য্যাত্বমুপযান্তি তাঃ॥ ৬৯

---

কি হূবনা ভাম্বুখংগোং ( ক্রৌঞ্চ ), যণ হূরান্নগনা গোধা (হংকোক), চুহী হূবনা শেকপী ওইনা পোকই॥ ৬৪॥

কর্পূরনচিংবা মনম মুংশিবা পোং হূবনা উতীন, ঈনশাং মনামশীং হূবনা রাহোং, চাক-ঈনশাং অথোংবা হূবনা শবৌ, চেঙ — গেছনচিংবা অহিংবা পোং হূবনা শৈল্যক হায়না কৌবা জীব অহু ওইনা পোকই ॥ ৬৫ ॥

মৈ হূবনা উরোক ওই, শূক শূম্বল হূবনা উচিখোইগুম্বা লৈপাক্না মছম শাবা মশা পানবা তীল অহুগা কি অঙাঙ্বা হূবনা নোংগৌবী ওইনা পোকই॥ ৬৬॥

শজি নম্রগা শামু হূরবদি কৈশাল ওই, শগোল হূবনা কৈ ওই, উহে-রাহে হূবনা য়োং, নূপী হূবনা শওম, থরুবা ঈশিং হূবনা নোংগৌবী, গাড়ীনচিংবা তোংনবা পোং হূবনা উট অহুগা অতোপ অতোপ্পা শা হূবনা হামেঙ্ ওই॥ ৬৭॥

করিগুম্বা পোং অমবু হূরান্নবদি অহুগা মৈদা হোম তৌবনী ঘি অরেম্বা হূরবদি শা উচেক ওইনা পোকই॥ ৬৮॥

নিপানা করিগুম্বা পোং অমা হূরগা কংবা মপোক অহু নূপীশিং অবহুনতাই চপ মাগ্নৈ—তৌবতদি নিপানা হেক হেক ওইরুবা শা-

বেন্তাঃ বেস্তান্ন কর্মভ্রষ্টা বর্ণা হ্যনাপদি।
পাপান্ সংস্থত্য সংসারান্ প্রেষ্যতাং যান্তি শত্রুষু ॥৭০
বান্তাশ্যুল্কামুখঃ প্রেতো বিপ্রো ধর্মাৎ স্বকাচ্চ্যুতঃ।
অমেধ্যকুণপাশী চ ক্ষত্রিয়ঃ কটপূতনঃ ॥ ৭১
মৈত্রাক্ষজ্যোতিকঃ প্রেতো বৈশ্যো ভবতি পূয়ভুক্।
চৈলাশকশ্চ ভবতি শূদ্রো ধর্মাৎ স্বকাচ্চ্যুতঃ ॥ ৭২
যথা যথা নিষেবন্তে বিষয়ান্ বিষয়াত্মকাঃ।
তথা তথা কুশলতা তেষাং তেষূপজায়তে ॥ ৭৩
তেঽভ্যাসাৎ কর্মণাং তেষাং পাপানামল্পবুদ্ধয়ঃ।
সম্প্রাপ্নুবন্তি দুঃখানি তাসু তাস্বিহ যোনিষু ॥ ৭৪

উচেক্কচিংবা অত্থগী নুপী ওইনা (অমোম) পোল্প বতনি মপোক্তি চপ মথাই ॥ ৬৯ ॥

ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ মশিংগী মীনা মাগী মাগী বর্ণাশ্রম ধর্ম থাদোক্লবদি মথাগী পাপ-যোনি অসি ওইনা পোক্তুনা মপোক অমদা য়েক্লবগী মীনাই ওইরুই ॥ ৭০ ॥

ব্রাহ্মণনা মশাগী মথৌ তৌত্রবদি লোক-তিন অমদি অওবা চাবা জ্বালামুখ (খেঁকশিয়াল, আলেয়া) হায়না কৌবা প্রেত অহু ওইনা পোকই, ক্ষেত্রিনা অস্থুমা মথৌ তৌত্রবদি মী অশিবা অমসুং থী-মুং চাবা কটপূতন হায়না কৌবা প্রেত অহু ওইনা পোকই ॥৭১॥

বৈশ্যনা মথৌ তৌত্রবদি গুহ্যদেশ (মথী ক্লাইকম) দা মশিং-নচিংবা পানবা 'মৈত্রাক্ষজ্যোতিক' হায়না কৌবা ঈ-নাই থকপা, প্রেত অহু ওই অত্থগা শূদ্রনা মথৌ তৌত্রবদি 'চৈলশক' হায়বা ফিগী তীল অহু ওই ॥ ৭২ ॥

বিষয়দা লুপ্পা মীশিংনা মানা মানা পায়বা, খিবয় অতুনা মানা মানা হৈকৃচিনরুবা মচাং অহূপ য়ায়া। লাইরমলেপ্পা মাগী মাগী ইন্দ্রি-শিং, অতুগী য়ুপাংগাদা হেনগৎলক্তুনা মথোত্ৰবু অয়াবা পীরে ॥ ৭৩ ॥

য়ায়াম থেনবা মীওইশিংনা অশিগুবা পাপশিং অসিগুম্বা মা

তামিস্রাদিষু চোগ্রেষু নরকেষু বিবর্তনম্।
অসিপত্রবনাদীনি বন্ধনচ্ছেদনানি চ ॥ ৭৫
বিবিধাশ্চৈব সম্পীড়াঃ কাকোলূকৈশ্চ ভক্ষণম্।
করম্ভবালুকাতাপান্ কুম্ভীপাকাংশ্চ দারুণান্ ॥ ৭৬
সম্ভবাংশ্চ বিযোনীষু দুঃখপ্রায়াসু নিত্যশঃ।
শীতাতপাভিঘাতাংশ্চ বিবিধানি ভয়ানি চ ॥ ৭৭
অসকৃদ্গর্ভবাসেষু বাসং জন্ম চ দারুণম্।
বন্ধনানি চ কষ্টানি পরপ্রেষ্যত্বমেব চ ॥ ৭৮
বন্ধুপ্রিয়বিয়োগাংশ্চ সংবাসশ্চৈব দুর্জ্জনৈঃ।
দ্রব্যার্জ্জনঞ্চ নাশঞ্চ মিত্রামিত্রস্য চার্জ্জনম্ ॥ ৭৯

---

তৌবগী অরাম-অয়াং নাইনা নাইনা অতোনবা অমদি হেন্না তোনবা শা-উচেরুচিংবগী মপোক্তা পোক্তুনা অরাবা থাঙ্গৈ ॥ ৭৪ ॥

অহুগা তামিস্র ( শুরু-মম্বা ) অমদি থাঙ্শাংনা মনা ওইনা পানবা বন ( অসিপত্রবন ) নচিংবা নরকতা ফাজিন-পুনশিনবা অমদি ককৃথৎ-য়াম্থৎপনচিংবগী অরাবস্থু থাঙ্লুই ॥ ৭৫ ॥

অসি নত্তবা অতোপ্পা লাক্লবা মথল কয়া কয়া কাক— অমসুং মকু—য়েংথৌনবা উচেক অনিনা মুন্নহনা চাবা, মৈ-মরুম্ শাবা লৈঙোইনচিংবনা পোকহনবা অমদি কুম্ভীপাকনচিংবা অকি-অকিবা নরককী অরাবা ফংবা ওই ॥ ৭৬ ॥

অতৎপা লৈতনা অসুম অরাবা থাঙ হুনতা লৈগদবা অসিগুম্বা কত্ত-কত্তবা মপোক্তা পোক্তুনা অঙৈং-অশানা লাকহত্তুনা মথলু মথলগী অরাবা ফংই ॥ ৭৭ ॥

হম্না হম্না গর্ভদা লৈবা, য়ায়া য়ানা য়ানা পোকপা, অফা-অপুন নংহুম্না রাবা অমদি মীগী মীনাই ওইবা ফংই ॥ ৭৮ ॥

মরূপ-মপাং অমদি চায়বা কায়নবগী অরা-অনা ফংই, ফত্তবগা লৈমিন্নৈ, য়ানা শেল তাম্নগা অরেম্বদা মাঙ ই, য়ানা য়োকখন্নুনা ফংবা

জরাশ্চৈবাপ্রতীকারাং ব্যাধিভিশ্চোপপীড়নম্ ।
ক্লেশাংশ্চ বিবিধাংস্তাংস্তান্ মৃত্যুমেব চ দুর্জ্জয়ম্ ॥ ৮০
যাদৃশেন তু ভাবেন যদ্যৎ কর্ম্ম নিষেবতে ।
তাদৃশেন শরীরেণ তত্তৎ ফলমুপাশ্নুতে ॥ ৮১
এষ সর্ব্বঃ সমুদ্দিষ্টঃ কর্ম্মণাং বঃ ফলোদয়ঃ ।
নিঃশ্রেয়সকরং কর্ম্ম বিপ্রস্যেদং নিবোধত ॥ ৮২
বেদাভ্যাসস্তপো জ্ঞানমিন্দ্রিয়াণাঞ্চ সংযমঃ ।
অহিংসা গুরুসেবা চ নিঃশ্রেয়সকরং পরম্ ॥ ৮৩

---

মরূপকা মমৈদা য়েংশীনৈ—পাপীশিংনা অসিগুম্বা অরাবা মথল ক্রয়া ক্রয়া ক্রংই ॥ ৭৯ ॥

ডীনকোক লাইকোকহনবা গুমদবা লায়না-লায়থুংনা রাবা, অরাম-খোয়াংবনা প্রোক প্রোক চাক্লা থাঙ্বা অতুগা অপমৃত্যু চংপা (রাঙ্থক্তা শিবা) অসিনচিংবসি পাপ তৌবতগী মহৈনি ॥৮০॥

সাত্ত্বিক্, রাজসিক অমদি তামসিক হায়বা গুণ অহুম্না মাগী মাগী মপূক্তা কাওহুনা মতুগী মতুংইন্না থেন্না তৌথোক্ররকপা মাগী মাগী মথৌশিং অহুনা অসুম অসুম মশা নোয়থোরক্কুনা মতুংগী মথোক্তা গুণ অতুমক চেনবা মশা ( হকচাং ) অমা ওইনা পোক্কুনা মাগী মাগী থবকী মহৈ চানৈ ॥ ৮১ ॥

তৌহৈবা-তৌহৈদবা থবক পুম্নমক্কী ফংকম থোকপা মহৈশিং অতুগী মরম নখোয়দা হায়রে, হজীক্তি, ব্রাহ্মণনা করি করি তৌরগা অয়ানবা খুবম ফংবগে হায়বতুগী মরম অমুক হায়গে তাবীয়ু ॥ ৮২ ॥

বেদয়ু নৈনবা, তপ তৌবা, জ্ঞান তানশিনবা, ইন্দ্রিয় লায়শিনবা, হিংসা নৈতবা অমদি গুরুগী সেবা তৌবা—থবকশিং অসিনা অয়ানবা খুবম ফংনবা সাধননি ॥ ৮৩ ॥

সর্বেষামপি চৈতেষাং শুভানামিহ কর্ম্মণাম্।
কিঞ্চিৎ শ্রেয়স্করতরং কর্ম্মোক্তং পুরুষং প্রতি ॥ ৮৪
সর্বেষামপি চৈতেষামাত্মজ্ঞানং পরং স্মৃতম্।
তদ্ধ্যগ্র্যং সর্ব্ববিদ্যানাং প্রাপ্যতে হ্যমৃতং ততঃ ॥ ৮৫
ষণ্ণামেষাস্তু সর্বেষাং কর্ম্মণাং প্রেত্য চেহ চ।
শ্রেয়স্করতরং জ্ঞেয়ং সর্ব্বদা কর্ম্ম বৈদিকম্ ॥ ৮৬
বৈদিকে কর্ম্মযোগে তু সর্ব্বাণ্যেতান্যশেষতঃ।
অন্তর্ভবন্তি ক্রমশস্তস্মিংস্তস্মিন্ ক্রিয়াবিধৌ ॥ ৮৭
সুখাভ্যুদয়িকঞ্চৈব নৈঃশ্রেয়সিকমেব চ।
প্রবৃত্তঞ্চ নিবৃত্তঞ্চ দ্বিবিধং কর্ম্ম বৈদিকম্ ॥ ৮৮

---

ঋষিশিংনা হংলকই— অফবা থবকশিং অসিগী মনুংদা করম্বনা মীগী খ্বায়দগী হেন্না ফবা মোক্ষ ফংনবা ( লান্নবা ) ওইবগে ? ॥৮৪॥

মহর্ষি ভৃগুনা খুম্নকই—বেদ নৈনবনচিংবা হায়খ্রিবা অরানবা খুবম ফংনবগী সাধন পুম্নমক অসিগী মনুংদা আত্মজ্ঞান (ব্রহ্ম খঙ্নবা হোৎনবা, মশানা মশাবু খঙ্নবা থিবা ) না ইহেন হেল্লি। মসিনা বিদ্যা পুম্নমক্কী মকোকনি অমসুং মসিগী মপান তনা লেপ্পমক অরানবা খুবম ফংবা হায়বত্থ ওই ॥ ৮৫ ॥

মথক্তা হায়খ্রিবা অরানবা খুবম ফংনবগী সাধন তরাক অত্থুগী মরক্তা 'পরমাত্মজ্ঞান' ( পরমাত্মাগী মশক খঙ্বা ) লৈবতনা মীরম-লেন—লাইরমলেন অনিমক্তা করেন-ফবা হায়বত্থ ওই ॥ ৮৬ ॥

হায়খ্রিবা কর্ম্ম ( থবক ) পুম্নমক অসি মখল-মখা অয়াম্বা কর্ম্মযোগকী মনুং চনবা ভাকৃনি হায়বদি বেদ-নৈনবনচিংবা অসিসু আত্মজ্ঞানগী শরাক অত্থুমক ওই ॥ ৮৭ ॥

বৈদিক কর্ম্ম ( বেদনা হায়বা থবক ) হায়রগা জ্যোতিষ্টোম-নচিংবা ( মৈ পূজা তৌবা ) অমদি প্রতীক উপাসনা ( লাইগী মুর্ত্তি লাৎপা ) অসিনচিংববু খঙ্নৈ। অসিগুম্বা বৈদিক কর্ম্ম অসি অনি

ইহ চামুত্র বা কাম্যং প্রবৃত্তং কর্ম্ম কীর্ত্ত্যতে।
নিষ্কামং জ্ঞানপূর্ব্বন্তু নিবৃত্তমুপদিশ্যতে॥ ৮৯
প্রবৃত্তং কর্ম্ম সংসেব্য দেবানামেতি সাম্যতাম্।
নিবৃত্তং সেবমানস্তু ভূতান্যত্যেতি পঞ্চ বৈ॥ ৯০
সর্ব্বভূতেষু চাত্মানং সর্ব্বভূতানি চাত্মনি।
সমং পশ্যন্নাত্মযাজী স্বারাজ্যমধিগচ্ছতি॥ ৯১
যথোক্তান্যপি কর্ম্মাণি পরিহায় দ্বিজোত্তমঃ।
আত্মজ্ঞানে শমে চ স্যাদ্বেদাভ্যাসে চ যত্নবান্॥ ৯২
এতদ্ধি জন্মসাফল্যং ব্রাহ্মণস্য বিশেষতঃ।
প্রাপ্যৈতৎ কৃতকৃত্যো হি দ্বিজো ভবতি নান্যথা॥ ৯৩

---

গুই মহুদি—প্রবৃত্ত অমসুং নিবৃত্ত ( চঙ্‌শিনবা অমসুং চখোকপা, হন্দোকপা )। প্রবৃত্ত কর্ম্ম ফলনা স্বর্গনচিংবা ফংহনা চাওখৎলি অদুগা নিবৃত্ত কর্ম্ম ফলনা সংসারদগী হন্দোক্লক্লবনা অরানবা খুবম ফংই॥ ৮৮—৮৯॥

মীরমলেনগী ওইরবসু লাইরমলেনগীবু ওইরবসু করিগুম্বা অপাম্বা অমা ফংননবা তৌরিবা থবক অদুবু 'প্রবৃত্তকর্ম্ম' হায়না কৌই। অদুগা ব্রহ্মজ্ঞান ফংননবা হোৎনহনা, লাইবক্তা অমদি হোৎ-নজমম্না ফংকম থোকপা ফল করিসু পাম্নবা লৈতনা তৌবা থবক মখল অদুবুনা 'নিবৃত্তকর্ম্ম' হায়না কৌই॥ ৯০॥

অচৎ-চত্ত, লেঙ্‌লি-পাল্লিবা জীব পূম্নমক্তা লৈরিবা আত্মাবু চপ মান্না উহনা অমসুং জীব পূম্নমক আত্মাতদা লৈরিবনি হায়বসি মুম্না খঙ হনা আত্মযাজী ওইবা মীওইনা ব্রহ্মদা তিঞ্জবা ফংই হায়বদি অরানবা খুবম ফংই॥ ৯১॥

অথোইবা দ্বিজশিংনা শাস্ত্রনা হায়বা কর্ম্ম পূম্নমক ফাওবা থাদোক্তুনা ব্রহ্মধ্যান তৌবা, ইন্দ্রিবু জয় তৌবা অমদি প্রণব-উপনি-ষদনচিংবা বেদবু অভ্যাস তৌননবদি চেকশিন্না হোৎনগদবনি॥৯২॥

অসিগুম্বা আত্মজ্ঞান অমদি বেদবু নৈনবনচিংবা থবক অসিতনা

পিতৃদেব-মনুষ্যাণাং বেদশ্চক্ষুঃ সনাতনম্।
অশক্যঞ্চা প্রমেয়ঞ্চ বেদশাস্ত্রমিতি স্থিতিঃ॥ ৯৪
যা বেদবাহ্যাঃ স্মৃতয়ো যাশ্চ কাশ্চ কুদৃষ্টয়ঃ।
সর্ব্বাস্তা নিষ্ফলাঃ প্রেত্য তমোনিষ্ঠা হি তাঃ স্মৃতাঃ॥ ৯৫
উৎপদ্যন্তে চ্যবন্তে চ যান্যতোঽন্যানি কানিচিৎ।
তান্যর্ব্বাকালিকতয়া নিষ্ফলান্যনৃতানি চ। ৯৬
চাতুর্ব্বর্ণ্যং ত্রয়ো লোকাশ্চত্বারশ্চাশ্রমাঃ পৃথক্।
ভূতং ভবদ্ভবিষ্যঞ্চ সর্ব্বং বেদাৎ প্রসিধ্যতি॥ ৯৭

---

দ্বিজাতিশিংগী, থোইদোক্পদি ব্রাহ্মণগী মপোক মহৈ য়ালহল্লি। অসিগুম্বা আত্মজ্ঞান-নচিংবা অসি ফংলবদা দ্বিজাতিশিংনা মানা মানা তৌজমনগী মহৈ ফংই, অতোপ্পা অমা ফংলুবনদি দ্বিজশিংগী মহৈ য়ানবা হায়বত্থ ওইদে॥ ৯৩॥

বেদনা পিতৃলোকনি, বেদনা মী অমসুং লাইগী অমাঙ-অতা লৈত্রবা (উদবা লৈত্রবা) মিৎকী মশক্নি, বেদ শাস্ত্রদি অপৌরুষেয়নি হায়বদি মীনা শেম্বা নত্তে অমসুং মাগী অবেপ্পা মীমাংসাদি অপ্রমেয় (শংশঙ্না হেক খঙ্নিঙ্ঙাই ওইদবা) নি॥ ৯৪॥

বেদদগী হৌরকপা নত্তবা হায়বদি বেদগা ওন্না-তৈনবা ফত্রবা তর্কনা থল্লবা অত্থুগুম্বা স্মৃতি অত্থুদি লাইরমলেন্দসু মহৈ ফংলুনিংঙাই ওইদে, অহোয়নত্থম নরক ফংনবগী মশক্নি—অত্থুগুম্বা শাস্ত্রশিং অত্থুদি অমম্বদা পোৎমাবা মক্তনি॥ ৯৫॥

বেদমূলক নত্তবা মীনা লেংশিনবা অত্থুগুম্বা শাস্ত্রদি ঙসি ফাও-বদা ময়োন চোংখৎনবকপগী লেপ্পা লৈতরি, অত্থুগুমত্থুনা থুন-থুনসু মাঙনখি—মখোয় অত্থুদি অনৌবা থুংশেম ওইবনা অরেম্বনি, মত্থুদা হায়রিবমখৈ অত্থু অরানবমক্তনি॥ ৯৬॥

ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ মরি, স্বর্গনচিংবা মরোল অত্থুম, ব্রহ্মচর্য্যন-চিংবা আশ্রম মরি, অমসুং হৌখ্রবা, ওইরক্কদবা অমসুং ওইরিবা মতম অত্থুম—অসিনচিংবা রাফম অসিদি বেদতদগী থোকথিবনি॥ ৯৭॥

শব্দঃ স্পর্শশ্চ রূপঞ্চ রসো গন্ধশ্চ পঞ্চমঃ।
বেদাদেব প্রসূয়ন্তে প্রসূতিগুণকর্ম্মতঃ॥ ৯৮
বিভর্ত্তি সর্ব্ব ভূতানি বেদশাস্ত্রং সনাতনম্।
তস্মাদেতৎ পরং মন্যে যজ্জন্তোরস্য সাধনম্॥ ৯৯
সৈনাপত্যঞ্চ রাজ্যঞ্চ দণ্ডনেতৃত্বমেব চ।
সর্ব্বলোকাধিপত্যঞ্চ বেদশাস্ত্রবিদর্হতি॥ ১০০
যথা জাতবলো বহ্নির্দহত্যার্দ্রানপি দ্রুমান্।
তথা দহতি বেদজ্ঞঃ কর্ম্মজং দোষমাত্মনঃ॥ ১০১
বেদশাস্ত্রার্থতত্ত্বজ্ঞো যত্র তত্রাশ্রমে বসন্।
ইহৈব লোকে তিষ্ঠন্ স ব্রহ্মভূয়ায় কল্পতে॥ ১০২

---

শব্দ ( মখোল ), স্পর্শ ( শোকপা ), রূপ ( মশক মওঙ্ ), রস ( মহাউ ), গন্ধ ( মনম ) পূন্নমক অসিস্ তু বেদগী থুংথোক্লি। গুণ-কর্ম্মগী ( সত্ত্ব রজ তম-নচিংবগী ) মতুংইন্না বেদতনা পূন্নমক্কী হৌফমনি ॥ ৯৮ ॥

অসিগুম্বা অমাঙ্-অতা লৈত্রবা বেদ-শাস্ত্র অসিতনা জীব পূন্নমকপু ঙাকপি-শেনবীরিবনি, মরম অদুনা মসিবু মীওইবা অপূম্বগী ম্যাগী ম্যাগী থ্বায়দগী হেন্না ফবা ওইজবা ফংননবা হোংনবগী অথোইবা পান্থেনি হায়না জ্ঞান লৈবশিংনা থন্নে ॥ ৯৯ ॥

বেদশাস্ত্র হৈবা মীতনা সেনাপতি ওইবা, লৈবাক ঙাকপা, দণ্ডগী মশক লেপ্পা অশিনচিংবা তৌননবগী মপাংগল লৈ অমম্তুং মরোল অহুম্মক্কী মকোক থোংবদা মতিক চাহল্লি ॥ ১০০ ॥

অকনবা মৈরীনা অচোৎপা উ ফাওববু চাকথেকপা অদুগুম্না বেদ খঙ্বা ব্রাহ্মণনা মশাগী কর্ম্মদগী থোকপা দোষ পূন্নমক মাঙ-হল্লি ॥ ১০১ ॥

বেদ শাস্ত্রগী তত্ত্ব খঙ্বা মীওইদি মহাক্না লৈনিঙ্বা আশ্রম অমদগী লৈরুসনু, মীরমশেন অসিদা লৈন লৈনমক ব্রহ্ম ফংবদা অদুম মতিক চাবা ওই ॥ ১০২ ॥

অজ্ঞেভ্যো গ্রন্থিনঃ শ্রেষ্ঠা গ্রন্থিভ্যো ধারিণো বরাঃ।
ধারিভ্যো জ্ঞানিনঃ শ্রেষ্ঠা জ্ঞানিভ্যো ব্যবসায়িনঃ॥ ১০৩
তপো বিদ্যাচ বিপ্রস্য নিঃশ্রেয়সকরং পরম্।
তপসা কিল্বিষং হন্তি বিদ্যয়ামৃতমশ্নুতে॥ ১০৪
প্রত্যক্ষঞ্চানুমানঞ্চ শাস্ত্রঞ্চ বিবিধাগমম্।
ত্রয়ং সুবিদিতং কার্য্যং ধর্ম্মশুদ্ধিমভীপ্সতা॥ ১০৫
আর্ষং ধর্ম্মোপদেশঞ্চ বেদশাস্ত্র বিরোধিনা।
যস্তর্কেণানুসন্ধত্তে স ধর্ম্মং বেদ নেতরঃ॥ ১০৬

অপঙ্‌বা মীদগীদি লাইরিক তম্বা মীশিংনা অথোইবা ওই; লাইরিক তম্বী হায়বতমক থোকপা মীওইদগীদি তমথ্রিবা হিরমশিং অদুবু কাওহন্দনা থম্বা মীশিং অহুনা অথোইবনি; অহুগা লাইরিক্লা হায়বা হিরম অহু মপূক্তা হানবা হায়বদি চৌনফা পুবা মীওই অহু-দগীদি হিরম অহুগী মরম শেংনা খঙ্‌বনা অমুক হেল্লি অহুগা মরম শেংনা খঙ্‌বা—জ্ঞান লৈরবা মীওইদগীসু মানা ফংলিবা জ্ঞান অহুগী মতুংইন্না থবক্তা পাঙ্‌থোক্‌পা মীওই অহুনা অমুক হেল্লি॥ ১০৩॥

তপস্যা অমসুং আত্মজ্ঞাননা ( ব্রহ্ম খঙ্‌বা ) ব্রাহ্মণগী অরানবা খুবম ফংবা ওই। তপস্যানা পাপ মাঙ্‌হল্লি অহুগা আত্মজ্ঞাননা অমর খুবম ফংলকই হায়বদি অরানবা খুবম ফংহল্লি॥ ১০৪॥

ধর্ম্মগী তত্ত্ব ( ধর্ম্মগী অশেংবা অথুম্বা মশক ) খঙ্‌নিঙ্‌বা মীশিংনা প্রত্যক্ষ ( হকথেংননা খঙ্‌বা ), অনুমান ( মপা লাকপা, আন্দাজ তৌবা ), অমসুং বেদমূলক স্মৃতি বেদনা মপূং ওইবা স্মৃতি) নচিংবা মথল-মথা অয়াম্বা আগম—অহুম অসিবু মুন্না খঙ্‌জিন-গদবনি॥ ১০৫॥

বেদ অমসুং বেদনা মরু ওইনবা মানবনচিংবা ধর্ম্ম শাস্ত্রবু ( মনুনচিংববু ) বেদগা মত কায়নদবা তর্ক থিংজিন্দুনা বিচার তৌবা অহুগুম্বা মী অহুতনা ধর্ম্মগী অশেংবা মশক খঙ্‌বা ওম্মী, অতৈ অমনদি খক ওমদে॥ ১০৬॥

নৈঃশ্রেয়সমিদং কর্ম্ম যথোদিতমশেষতঃ।
মানবস্যাস্য শাস্ত্রস্য রহস্যমুপদিশ্যতে॥ ১০৭
অনাম্নাতেষু ধর্ম্মেষু কথং স্যাদিতি চেদ্ভবেৎ।
যং শিষ্টা ব্রাহ্মণা ব্রূয়ুঃ স ধর্ম্মঃ স্যাদশঙ্কিতঃ॥ ১০৮
ধর্ম্মেণাধিগতো যৈস্তু বেদঃ সপরিবৃংহণঃ।
তে শিষ্টা ব্রাহ্মণা জ্ঞেয়াঃ শ্রুতিপ্রত্যক্ষহেতবঃ॥ ১০৯
দশাবরা বা পরিষদ্ যং ধর্ম্মং পরিকল্পয়েৎ।
ত্র্যবরা বাপি বৃত্তস্থা তং ধর্ম্মং ন বিচালয়েৎ॥ ১১০

---

অয়ানবা থুবম ফংনবা অয়াম্বা থৌরমদি হায়রবসিনি। হুজীক্তি মানবশাস্ত্র ( মীওহবগী শাজং লোনচং তাকপা লাইরিক ) অসিগী অথূপ্পা মশক তাক্লে তাবীয়ু॥ ১০৭॥

অসিগুম্বা মানবধর্ম্মশাস্ত্র অসিদা অচম্বা মওঙ্দা ধর্ম্মগী পাউ-তাক পুন্নমক পীরি—অদুবু কনাগুম্বনা মসিদা অথোইবা মওঙ্দা ধর্ম্মগী মরম হায়দে হায়না চিংনবা য়াওরক্লবদি, খঙ্-হৈরবা ব্রাহ্মণ-শিংনা তাকপিবা অহুনা চিংনবা লৈতবা ধর্ম্মগী মশক্কি হায়না খঙ্নগনি॥ ১০৮॥

ব্রহ্মচর্য্যনচিংবা ধর্ম্ম চত্না, বেদাঙ্গ, মীমাংসা অমসুং ধর্ম্মশাস্ত্র-নচিংবা লোয়ননা বেদশাস্ত্রবু তম্লক্লবা অহুগা খূদক খূদক্তা হুজীক হুজীকমক থেক্তা হকথেংননা খঙ্নবা য়াবা শ্রুতিগী প্রমাণ বচন উৎপা ঙম্বা—অহুগুম্বা মথোয় অদুবু শিষ্ট ব্রাহ্মণ ( অখঙ্বাব্রাহ্মণ ) কৌই খঙ্নগনি॥ ১০৯॥

বেদ হৈবা, নিঙ্থিবা সদাচারনা তিনবা, ধর্ম্ম মশক খঙ্বা, অহুগুম্ব মশীং তরাদগী তাদবা ব্রাহ্মণশিং অহুনা ধর্ম্মনি হায়না লেপক্লবা মশক অদুবু ধর্ম্মনি হায়না লৌনগনি—কৈদৌঙৈদসু মহুৎগী খোঙ ফম লেঙ্লোইদবনি॥ ১১০॥

ত্রৈবিদ্যো হৈতুকস্তর্কী নৈরুক্তো ধর্ম্মপাঠকঃ।
ত্রয়শ্চাশ্রমিণঃ পূর্ব্বে পরিষৎ স্যাদ্দশাবরা ॥ ১১১
ঋগ্বেদবিদ্ যজুর্ব্বিচ্চ সামবেদ বিদেব চ।
ত্র্যবরা পরিষজ্জ্ঞেয়া ধর্ম্মসংশয়নির্ণয়ে ॥ ১১২
একোঽপি বেদবিদ্ধর্ম্মং যং ব্যবস্যেদ্দ্বিজোত্তমঃ।
স বিজ্ঞেয়ঃ পরো ধর্ম্মো নাজ্ঞানামুদিতোঽযুতৈঃ ॥ ১১৩
অব্রতানামমন্ত্রাণাং জাতিমাত্রোপজীবিনাম্।
সহস্রশঃ সমেতানাং পরিষত্ত্বং ন বিদ্যতে ॥ ১১৪

---

অসিগুম্বা ব্রাহ্মণগী সভা শেম্বদা য়াওগদবা মীশকশিংদি—বেদ অহুম অমদি মখোয়গী শাখা অহুম হৈবা, অনুমানদা হৈশিংলবা মী অমসুং তার্কিক, পদার্থ অমসুং নিরুক্ত (দ্রব্যগুণ অমদি বেদার্থ) হৈবা অমদি খঙ্বা অহুগা মানবধর্ম্মশাস্ত্র পাহুনা খঙ্লবা, ব্রহ্মচারী ধর্ম্মা চৎপা, মযুম পাল্লিবা অমসুং বানপ্রস্থ আশ্রমদা লৈবা অসিগুম্বা ব্রাহ্মণ মীওই ১০ অসিনা সভা শেমগদবনি ॥ ১১১ ॥

ধর্ম্মগী মরমদা চিংনবা য়াওরক্লবদি ঋগ্বেদ, যজুর্ব্বেদ অমদি সামবেদ মুন্না খঙ্বা মী অহুমদগী তাদবা ব্রাহ্মণগী সভা অমা শেমগনি ॥ ১১২ ॥

অসি নত্রবসু বেদ খঙ্বা ব্রাহ্মণ অমত্তনা ওইরবসু ধর্ম্মগী মশক্তি মসিনি হায়না তাকপিরকপা,—মহুমক্না ধর্ম্মনি হায়না খঙ্-নগনি ; অহুগা বেদ হৈতবা মী অযুত ( ১০,০০০ লীশিং তরা ) অমনা ক্ননা হায়হুনসু মদুবুদি ধর্ম্মনি হায়না খক লৌরোইদবনি॥১১৩॥

সাবিত্রীনচিংবা ব্রত তৌদ্রবা, মশাদা ব্রাহ্মণগী ঈ-চেল্লি হায়ব-দগী হেন্দবা অসিগুম্বা ব্রাহ্মণ লীশিঙ্ লীশিঙ তিম্দুনসু মদুবুদি সভা ( পরিষদ্ ) কৌবা য়াদে হায়বদি অসিগুম্বা মীওইগী সভান্না তাকপা পাউতাক্তি খক লৌরুকদে ॥ ১১৪ ॥

যং বদন্তি তমোভূতা মূর্খা ধর্ম্মমতদ্বিদঃ।
তৎ পাপং শতধা ভূত্বা তদ্বক্তৄননুগচ্ছতি ॥ ১১৫
এতদ্বোঽভিহিতং সর্ব্বং নিঃশ্রেয়সকরং পরম্।
অস্মাদপ্রচ্যুতো বিপ্রঃ প্রাপ্নোতি পরমাং গতিম্ ॥ ১১৬
এবং স ভগবান্ দেবো লোকানাং হিতকাম্যয়া।
ধর্ম্মস্য পরমং গুহ্যং মমেদং সর্ব্বমুক্তবান্ ॥ ১১৭
সর্ব্বমাত্মনি সম্পশ্যেৎ সচ্চাসচ্চ সমাহিতঃ।
সর্ব্বং হ্যাত্মনি সম্পশ্যন্ নাধর্ম্মে কুরুতে মনঃ ॥ ১১৮

---

ধর্ম্মশাস্ত্র মশক খঙদবা, তমোগুণনা তিম্‌বা অদুগুম্বা মূর্খ অহুনা কনাগুম্বা মী অমদা প্রায়শ্চিত্তনচিংবগী ব্যবস্থা পীরবদি মী অদুগী পাপ অদুদগী শন্নাক ১০০ হেনবা পাপনা ব্যবস্থা পীবা মী অদুগী মতুং ইন্নকই ॥ ১১৫ ॥

নঙোয় পূম্নমক্তা ঐনা মোক্ষসাধন-ধর্ম্ম (অন্নানবা খুবম ফংননবা হোৎনবগী মরম) পূম্নমক্কী মরম হায়রবনি। হায়খ্রিবা ধর্ম্ম [illegible] খোঙ কম চোইথোক্তবা ব্রাহ্মণ অদুদি অথোইবা খুবম য়োক্না ঙম্মী, অন্নানবা খুবম ফংই ॥ ১১৬ ॥

অদুগুম্বা ভগবান মনু অহুনা তাইবঙ মীওইবগী কান্নহনবী-মবগীদমক্তা অসিগুম্বা থূপত্রবা ধর্ম্মগী হিরম পূম্নমক অসি ঐঙোন্দা তাকপিরম্বনি ॥ ১১৭ ॥

সৎ অমদি অসৎ ওইবা ভাবতগী (অফবা অমদি ফত্তবা ভাবতগী) পোৎলমকপা পূম্নমক অসিবু পরমাত্মাদা লৈ হায়না ধ্যান তৌবদা চঙবা, ধ্যানতগী পাইবনা পূম্নমকপু আত্মাদা লৈ হায়না [illegible] অদুগুম্বা মহাক অদুগী মপূক্কী অহুনা [illegible] অধর্ম্মগী লমবীদা [illegible] লৈতে ॥ ১১৮ ॥

এতমেকে বদন্ত্যগ্নিং মনুমন্যে প্রজাপতিম্।
ইন্দ্রমেকে পরে প্রাণমপরে ব্রহ্মশাশ্বতম্॥ ১২৩
এষ সর্ব্বাণি ভূতানি পঞ্চভির্ব্যাপ্য মূর্ত্তিভিঃ।
জন্মবৃদ্ধিক্ষয়ৈর্নিত্যং সংসারয়তি চক্রবৎ॥ ১২৪
এবং য সর্ব্বভূতেষু পশ্যত্যাত্মানমাত্মনা।
স সর্ব্বসমতামেত্য ব্রহ্মাভ্যেতি পরং পদম্॥ ১২৫

---

বীরিবা—কুপ্‌লবা অণুমক্তগীসু হেন্না কুপথবা—মাবু লৈ হায়বদি খঙ্‌লগা (ইকোং কোংনা অচুম্বক লৈরগা) ইন্দ্রিশিংনদি খঙ্‌বা ঙমদবা—মঙ্‌দা ভৌবঙম পুক্নিঙ্‌ তনা মাবু খঙ্‌নবা ঙম্বা অচুপ্পা পুরুষ (ব্রহ্ম) অদুবু ধ্যান তৌগনি॥ ১২২॥

অসিগুম্বা পরমাত্মা (ঐ পূন্নমকী থোক্লককম ওইবা ঐ-গী মপু) অসিবু কনানা মৈ-নি হায়নৈ, কনানা 'প্রজা পূন্নমকপু শেম্লকপা ভগবান মনুনি হায়না নিঙ্‌নৈ, কনা অমনা ইন্দ্রনি, কনানা থৱায়গী মশক্তি অচুগা অতোপ্পা কনা অমনা সচ্চিদা-নন্দগী মশক ওইবা (সৎ-চিৎ-আনন্দ—লেঙ্‌দবা মুংঙাইবগী মশক ওইবা) অচুপ্পা ব্রহ্মগী মশক্কি হায়না তোপ্পা তোপ্পা মাবু নিঙ্‌নৈ॥ ১২৩॥

অসিগুম্বা পরমাত্মা অসিনা পৃথিবী (লৈপাক) নচিংবা পঞ্চ-মহাভূতনা শাবা অহিংবা পোৎ পূন্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈহনা লোকনা অমদি শিবা নাইনা, কোয়না-অমুম-লৈচুনতা-মরৈবা-মখল-চিংবী কাংখোক্‌গুম্না তাইবঙ্‌ পানবা অসিদা লৈনা অমুম লৈরিবনি॥ ১২৪॥

অমুম তৌনা মশাগী আত্মানা, থৱায় পানবা পূন্নমক্তা শীনবা থুংনা চাইথোক্‌না লৈরিবা অচুপ্পা আত্মাগী মশক মাইকৈ কঙ্‌ঙী ঙম্বা মী অদুনা পূন্নমকপু চপ মান্নবদি লাকনা থীবা ওইদুনা মঙ্গল অমা লৈরাবা লোকতা ব্রহ্ম অদুবু ফংই॥ ১২৫॥

**ইত্যেতন্মানবং শাস্ত্রং ভৃগুপ্রোক্তং পঠন্ দ্বিজঃ।**
**ভবত্যাচারবান্নিত্যং যথেষ্টাং প্রাপ্নুয়াদ্গতিম্ ॥ ১২৬**

**ইতি মানবে ধর্ম্মশাস্ত্রে ভৃগুপ্রোক্তায়াং**
**সংহিতায়াং দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ ॥ ১২ ॥**

---

মহর্ষি ভৃগুনা তাকপিরম্বা অসিগুম্বা মীওইবা পূম্নমক্কী ওইবা ধর্ম্ম শাস্ত্র অসিবু হৈনদবা তম্বা-পাবা-নত্রগা নৈনবগী থবক তৌবা দ্বিজ অদুদি মীরমদোন অসিদা লমচৎ ফজবা হায়বদু ওই অমসুং স্বর্গ অমদি অয়ানবা থুবমনচিংবা ফংনিঙ্বা অমা হেক্তমক ফংবা ঙম্মী ॥ ১২৬ ॥

তরানিথোইগুবা অধ্যায়গী মৈতৈলোনগী শরাক লোইরে ॥১২॥

---